খাইদগী হেন্না মশীং য়াম্না তাবা লমদি কাছারনি। নাওগাঁ জিলাগী হোজাই, লংকা অমসুং যোগীজান্দা মণিপুরী য়াম্না খুন্দারি। হোজাইগী অকোয়বদা খুল ১৮, লংকাগী অকোয়বদা খুল ১৬ অদুগা যোগীজানগী অকোয়বদা খুল ৩ লৈ। ত্রিপুরাগী নোংচুপ জিলাদা মণিপুরী খুঙ্গং ৬৮ অদুগা অৱাং জিলাদা মণিপুরী খুঙ্গং ৪২ লৈ। উত্তর প্রদেশ অমসুং আসামগী অতে অতে জিলাদা লৈবা মণিপুরীশিংগী মীশিংদি পঙয়াম য়ামদে। বাংলাদেশকী সিলেট সদরদা মণিপুরী খুঙ্গং ১২, ভানুগাছতা খুঙ্গং ১৪, বিশগাঁওদা খুঙ্গং ৪, শ্রীমঙ্গলদা খুঙ্গং ৩, লোংলাদা খুঙ্গং ১, বড়ইটলীদা খুঙ্গং ২, ছোট ধামাইদা খুঙ্গং ৩, রতনপুরদা খুঙ্গং ৩ লৈ। বর্ম্মা (ম্যানমার)দা মণিপুরী খুঙ্গং কয়ামুকসু তারি।

মণিপুরগী মপান্দা খুন্দাপ্লবা মণিপুরীশিংনা, মখোয় মখোয়না লৈরিবা লমদমদুদা ঐখোয়গী ওইবা মৈতেরোন্না থোনবা লশ্মীৎ তুমিং নৈনবা য়াই। মরমদি লম-লমগী ওইবা, লৈরম্বা অমসুং লৈরিবা মীওইশিংগী থৌদোক ৱাথোক্না চানবা লম মমিং থোন্নরকই। অসিগুম্বা লশ্মীৎলোনশিংবু চীনথাং য়েনা মথং মথং শক্লা শোন্নদুনা লীনরকই। মরম অদুনা মৈতে লৈবাকপু কৌনরম্বগী মতাং শাকোক লন্নেন কৌবা পুয়াদা পল্লিবদি - *হয়িচাক্তা তিল্লি কোকতোন অহানবা, খুনুংচক্তা মীরা পোংথোকলম, লাংবচক্তা হান্না শেম্বা কোন্না লোইবা, কোন্নচক্তা মুৱাপাল্লি থোল্লি।* শাদিং শাকোক, সনামহি লাইকন্দা মণিপুর থোনখিবগী মরমদা ইরি। শাদিং শাকোক্কী মরোলদি - *তাইপোং থোংগা নুংগোইবীগা অনিগী মরক্তা মনি অমা লৈএ হায়বগীবু মণিপুর কৌই।* সনামহি লাইকন্দনা - সান্তিদাসনা লমদমসিগী ঈশিং নুংশিৎ, লৈবাকসিগী চৎনা লোনচৎ পাল্লল্লিবা নিংথৌশিংগী মতিক মথৌনা তারগা; লৈবাক অসিদি অচম্বা অরায়বা লম নত্তে, ঙসিদগী হৌনা লৈবাক অসিগী মমিং মণিপুর থোল্লসি হায়না মণিপুর থোনখিবগী ৱাফম য়াওই। ৱারী থৌদোক কয়াগী তোঙান তোঙানবা লশ্মীৎ তুমিং মথং মথং থোন্দুনা খঙনরকই। অহোঙ কুম্মে তৌদুনা লাংখোং হোঙবা, উ হোঙবা, লৈপুং হোঙবনচিংবা তৌদুনা তু-খোং, উ-ৱা, লৈপুঙনচিংবা মমিং থোন্দুনা লশ্মীৎ তুমিং থাবদা য়াওই। হায়রিবশিং অসিদি চৈথারোল কুম্বাবা, অহোঙপুঙ লাল্লুপান্নচিংবদা য়াওরি। ৱারী ওইনা চৎথবা হায়বদি শা-লাল, ঙাখি চাকথি, লাংফৈ ইফৈ চৎপা, খুল্লানবনচিংবদা থোকখিবা খুদোংথিবা অৱা নুঙাই কয়া, থেংনখিবা মীওইশিংদুগী মশক মমিং তাক্লুনা থোক্লিবা থৌদোক্কী মতুংইন্না তেল্লবসু তেন্না ৱারী মপুঙ ফাহন্দুনা লম মমিং থোললি।

থবক শুফম নোমফম মফম চাবা থিদুনা, অনৌবা খুনখাইরক্লুনা খুন্দাখিবশিং য়াওই। মখোয়শিংদুগী মনুংদা মকোকচিংবা অহল নত্রগা য়ুম্নাক শাগেনা খুনগী মমিং ওইনা খঙনৈ। তুং-খোং তৌবনচিংবদসু লুচিংলিবা মীদু নত্রগা নিংথৌগী মমিং লৌদুনা থোল্লি। মদুদি - মহারাজ গরিবনিৱাজগী মতমদা অঙোম চন্দ্রমনি শেল্লুংবনা চিংদুনা খোং অমা তৌই। খোং অদুগী মমিং অঙোম খোং কৌখি। চন্দ্রনদী হায়না খঙনরিবসিসু মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা তৌবনি। লাইনীং লীচৎকী মতুংইন্না লম মমিং ওনখিবশিংগী মনুংদা, মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা লাই বিষ্ণু লাৎখিবদগী লমাংদোংবু বিষ্ণুপুর অদুগা স্না কোনুং ওইখিবদগী লাংথবানবু কাঞ্চিপুর কোনুং কৌখি। খুন হোংদুনা চৎপা খুদিংগী লম মমিং লোয়নবা কাঙবুশিংগী মনুংদা ককচিং, মান্তক, থোংজাও পনবা য়াই।

উপান ৱাপান হৌবগী মতুংইন্না হৌরিবা পাম্বীদুগী মমিং লৌদুনা খুন মমিংসু থোন্নে। ঐখোয়না পাম্বী য়াম্না হৌবা মফমবু পোকপা নত্রগা পোকপী হায়রগা খঙনৈ। খুদম ওইনা হায়রবদা তাইরেন পোকপী, উয়ুংপোকপী, তেরাপোকপী, ৱাপোকপী, কুরাউপোকপী, থম্নাপোকপী, তুম্নৌপোকপী, লফুপোকপী অসিনচিংবা। খাঙলা য়াম্না হৌবা মফমদা খুন্দারুবদগী খাঙলাপোক কৌরম্বদগী মমৈদা খাঙাবোক হায়না

খঙনখি। খুন নত্রগা লৈকায়বু মপান লমগী লোনথৈনা থোনখিবা লমশিংসু লৈ। মদুদি - কৃতনশিংনা লৈবা মফমনি হায়বদগী কৃতনা (কিল্লা) পন্নুং কৌনখি। মতাং অসিবু অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মানা ইবা 'মণিপুর নট সংকীর্ত্তন বিচার' কৌবা লাইরিক্কী অনীশুবা শরুক্তা অসুম্না ইরি *"মৈদিংগু গরিবনিবাজ (খৃ: ১৭০৯-১৭৪৮) গী মতমদা বঙ্গদেশতগী লাকপা কীর্ত্তনীয়া খরনা মণিপুরদা সংকীর্ত্তন শকখি। মহারাজনা নখোয় কদাইদগীনো হংবদা বঙ্গদেশতগীনি হায়না পাউখুমজবদগী মখোয়গী পালাবু বঙ্গদেশ - বংদেশ পালা হায়না খঙনরকখি। বংদেশ পালাবু লিরবা পালানি হায়দুনা "অরিবা পালা" কৌখি। কীর্ত্তনীয়াশিংসু মৈতৈগী য়েক সলাই য়ুম্নাক শাগৈ লৌদুনা লৈখি। ঈশৈ শরুক্কা কীর্ত্তনীয়াশিংগী মরক্তা মখোয়গী চারোন শুরোল য়ৌরকপদা ঈশৈ শকপা তোক্লখিবা খরদি শ্রীগোবিন্দজীগী সেবাদা 'কীতনা' হায়না শক খঙনদুনা লুক হৌবগী কোন ফেংদোক শেংদোকপা শিনফম ওইরম্মী। কীর্ত্তনীয়াবু মমৈথংদা লোন থৈথরকপদগী কীতন নত্রেগা কৃতন হায়না খঙনখি।"*

মহারাজ গম্ভীরসিংহ অমসুং নরসিংহ অনীনা বৃটিশকা মরুপ ওইরকপদগী মৈতৈ লাম্মীনা শিজিন্নবা লোন্দা, মীরৈবাক্কী লোন য়ানশিন্নদুনা শিজিন্নবা হৌরকখি। ভারতকী ফৌজদগী মমিং লৌদুনা মী লিশীং অমবু দোলি অমা, ফৌজা অমা কৌরে। দোলিদগী তুলিহল, তুলিয়াইমা, তুলিনহা মেজর হায়না চংনখি। মৈতৈ লাম্মী তেঙ্গোল অসি তুলি (Regiment) তরাহুমদোই থোক্লা খাইদোকই। তুলিশিংদি - (১) তুলিহল (২) তুলিয়াইমা (৩) তুলিনহা (৪) ভীম্না তুলি (৫) বিষ্ণু সৈনা অহল তুলি (৬) বিষ্ণুনহা তুলি (৭) তোপ তুলি (৮) লোয়া তুলি (৯) কাংতুলি (১০) কাংনাও তুলি (১১) ওইনামলোং তুলি (১২) নবা তুলি অমসুং (১৩) বমদীয়ার তুলি অসিনি। তুলি অমগী মকোকপু লাল্লুপচীংবা কৌই। মৈতৈ লাম্মীগী লুচিংবশিংবু জেনরেল, কর্নেল, লেপটনেন্ট, মেজর, সুবিদার, অওন্দার জমান্দার অমসুং হাবিলদার হায়না থোন্নখি। তুলি তরাহুমদোই অসিদা চন্দবা লাম্মী কয়াসু লৈরি। মখোয় অসিদি লোয়ারমদা লৈবা খুলশিংদা লৈ। মখোয়গী লুপ (Company) অদুগী মমিংদি মখোয়না লৈরুরিবা খুঙ্গং অদুগী মমিং লৌদুনা থোল্লি। মদুদি - মোইরাং কম্পু, ক্ষেত্রি: কম্পু , চবুং কম্পানী পনবা য়াই। সিফাই লৈরম্বা মফমশিংনা - কংলা সিফাই, ইরম সিফাই, কা সিফাই, সুনু সিফাই, তোপ সিফাই, কিয়াম সিফাই অসিনচিংবনি। হায়রিবা তুলি, কম্পানী, সিফাইনচিংবা হিন্দি অমসুং ইংলিশকী ওইবা লোনচৎ অসি চৎনরকপগা লোয়ননা মখোয়না লৈরম্বা মফম্বু তুলি, কম্পানী, সিফাইনচিংবা পন্দুনা লমগী মমিং খঙনরকই। সনা কোনুংগী মনুং লোয়শংদা চনবা লোয়শং খরদং হায়রবদি - চকোনি, নাপেৎ, বলদেব শৈনা অসিনচিংবসু লৈরি। ঘরি, নরান শৈনানচিংবা অসি সিফাই কম্পানী অমমমগী মিংনি। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতম শকাব্দ ১৭৭৪ দা ঘরি সিফাইগী বাফম চৈথারোল কুম্বাবদা য়াওরি । মদুদি - *শকাব্দ ১৭৯৭ পোইনু ২৩ নি নিংথৌকাবদা নারান শৈনা হায়না কম্পানী লিংদুনা সিফাই খলহল্লি।* অসুম্না মমৈ তারকপা মতম ফাওবদা সিফাই কম্পানীগী মমিং লৌদুনা নরান শৈনানচিংবা লমগী মমিং ওইনা খঙনরকই। ইকুই কুইদ্রিবা অমনা মাও লম্বী মপান্দা চার হাজার কৌবা লম অমা ময়াম্না খঙনরে। লম অসি মী তাবীদনা, লম মরাংকাইনা হোংলিঙৈদা নিপা অমনা লম মতেক অমা য়াম্না তাঙনা চার হাজার পিদুনা লৈখি। মমল য়াম্না তাঙনা লৈবদুদা মীয়াম অচৎ অওকশিংনা লম অদুবু য়েংলগা চার হাজার চার হাজার হায়না শোন্নখি। মমৈদদি মী মথং মথং হায়নরক্লুনা লম অদুগী মমিং "চার হাজার" হায়না খঙনরে। অসুম্না লীনরকপা ঙাংনরকপশিংগী মনুংদা শামারাম কৌখিবগী মরমদসু অসুম্না হায়নৈ- সাপ্পা কৌবা অমগা শ্যামরাম কৌবা অমগা মখোয় অনীনা হান্না খুন্দারম্মী হায়বদগী শামারাম কৌই হায়বনচিংবা চীংথাং য়ৈনা লাকপা লম্মীৎ

তুমিৎকী মরমদা কয়া অমা লৈরমখিগনি। মতিক ময়াই লৈরবা লম্মীৎ তুমিৎ ময়াম অমবু ঐগুন্বা অমনা লোইনমক থাঙম খঙঙন্বগী ইতিক নত্তে। থেংনজবা পুয়া লাইরিকশিংগী মনুংদা য়াওবা খরদং শুপপায় পায়শিন্দুনা শত্তোকপা ঙন্বা খরদং পামজমনবদগী লৌথোকচবতনি। অচুম অরান পুন্নমক পাবিরিবা নৈনবীরিবা ইবুঙো ইবেম্মশিংনা

লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা ডা: লেকেন্দ্রা অরাম্বমগী মফমদা শিংবা ঙন্নরোইদবা লমন তোনশিনজরবনি। ঝ্রামাঙ য়ানবগী ঝ্রাহৈদোকনচিংবা ইবিরিবা ক্ষেত্রি: ব্রজমোহন সিংহ, প্রিন্সিপাল, ককচিং কলেজ, ককচিং অমসুং কে ঐচ: সোরোজিনি দেবী, সেক্রেটরী, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী অনীবুসু লাইরিক অসিগী মতিক মগুন হাপ্পীবগীদমক তৌবীমল খঙবা উৎচরি। লাইরিক অসি নম্বদা এন: হরিদাস সিংহ, মণিপুরী ডিপার্টমেন্ট, ককচিং কলেজনা অশোই-অরান চুমথোকপীবগী চাওরবা থৌদাং অমা লৌবীবগীদমক তৌবীমল খঙবা উৎচরি। অরোইবদা লাইরিক অসিবু নম্বীরিবা পাইওনিয়র ওফসেট প্রিন্টর্সগী প্রোপ্রাইটর, সুরজিৎ ক্ষেত্রিময়ুম অমদি প্রেসকী ষ্টাফ পুন্নমকপু পুন্সিগী কাউজরোই অমদি খ্বায় পুন্নমকপু হন্না-হন্না থাগৎচরি।

**এম: গৌরচন্দ্র**
*সেক্রেটরী*
পিপলস ম্যুজিয়ম, ককচিং

## A FEW WORDS

*- Dilip Kshetriya - **

Since time immemorial various ethnic communities have been residing in Manipur These communities have their own language, customs and traditions. From earlier days, though there were no good transport and communication facilities, people of different communities who lived at different places had exchange of thoughts by means of Meiteilon (Manipuri). Meiteilon has mixed with many local dialects and it became the lingua franca of Manipur for communication and commercial purposes. Just like a beautiful necklace of different pearls, people of different groups co-exist as the children of the same parents.

Various unaccountable valleys, fields, hills, lakes and rivers or rivulets denote the boundaries of Manipur. Historical events of happiness and sorrows have spread all over the areas of Manipur. The unity of oneness has been created through power, strength and courage of the people of this state- unity in diversity. Under this unity Manipur stands independently in the world for many years. Singers sang, *"Manipur, the golden land is surrounded by the hills and guarded by the hill people. It is a land where the beautiful Loktak lake shines as a mirror. It is nature's precious gift to men."*

Neighbouring kingdoms were jealous of her fame and prosperity, and they would like to destroy her. Many times these neighbouring kingdoms had invaded Manipur, yet they were defeated and had to return back as fugitives. One time, both the kingdoms of Takhen and Awa had attacked on this land that never knew of being defeated. There were great fightings in the battles of East and West, and it brought a great chaos to the people of Manipur. Garibaniwaj, the then Meidingu (1709-1748AD) had addressed to a big crowd. His encouraging words were recorded in the *Puya* of *Takhen Ngamba*

* *The author is Lecturer in English at the Kakching College, Kakching and also Editor of Manipuri bimonthly magazine "Anouba Mangaal"*

"Oh, brave heroes who have no fear of death for the sake of motherland. My forefather did not give even the piece of land at the point of a needle to the enemies, for the fear of them. I shall fight the so called *Awaningthou Itikam* whom I thought a mere king." In these battles too both the soldiers of *Awa* and *Takhen* were defeated by Manipuris. Thus, the forefathers of hill and plain people of this land fought together against the enemies for the sake of their motherland Manipur. Even the women folk were ready to fight against injustice so that everybody could live in peace and harmony. They revolted against the anti-people policies of the Government. There were two such agitations which were known as *Nupi Lan* in the history of Manipur.

These brave sons of Manipur, who had the skill in the field of warfare, had also the skill of naming of places. In order to remind of the historical happenings- happy or unhappy that took place somewhere they named the place (Village/Town) after the incident (e.g. Naothemching, Narum)

To name a village the words *Khuli*(old village) and *Khunou* (new village) are used very often. The Village where the *Piba* or the head of the community having the same surname lives in, then, the village in known as the *Khuli* or *Khullen*. For instance *Kakching Khullen, Anal Khullen, Aimol Khullen* etc. For a better livelihood some people left a village and had gone to somewhere in search of a suitable place for settlement. When these people found such a place they established a new village. They named the newly established village after the former village's name where they were born and brought up.

Thus the newly established village bear the same name of the former or mother village. In order to distinguish the two villages the words *Khuli or Khullen* and *Khunou* began to use to denote the particular village. The word *Khuli* or *Khullen* is added to the former village's name and *Khunou* for the newly established village. For instance *Kakching Khunou, Wangjing Khunou, Langol Khunou, Andro Khunou* etc. This system is found both in the valley and hill of Manipur.

There are villages having the name of *leikai*. In Meiteilon, *Leikai* means a locality which is a part of a village, e.g. *Khaidem Leikai, Nandeibam Leikai, Lairikyengbam Leikai* etc. Even in the area of a village, there are various geographical names such as *Heiyitpokpi, Wapokpi, Laipham Loknung* etc.

Besides, the toponymy in connection with the common people, there are toponymy of kings as well as other royal family members. There are some particular places where the religious rites are performed by the ***maibas*** for the welfare of the society. Such places are named after the ritual rites. If the ritual rite was concerned with the king or his royal family members it was done by the royal *pundits*. The most important toponymy was that related to the kings and they were recorded in the *Puyas*.

Lammitlon is a rare kind of book. Nowadays people of each ethnic group try to

indentify themselves by showing their peculiar type of customs and traditions. In order to show their identity, it is a must to know the background of naming of their villages or towns. In the *Puyas* of Manipur it is given elaborately, unfortunately only a few persons can read the *Puya*. Shri Gourachandra has done this difficult work for the scholars/researchers in the field as well as for the common people in general . Names of villages or towns are given based on different *Puyas* in this book. This remarkable book "Lammitlon" can be used as a reference book of toponymy.

One scholar, Shri Sharangthem Bormani had published a book on toponymy entitled **'Lammitlon'** (the same name as the present one). Both the works (books) of Bormani and Gourachandra can not include all the villages and towns of Manipur, since new villages are found to establish every year specially in the hills where only 10 (less or more) households form a village. Again in the course of time some villages have changed their original names. In this present book the author has taken only those villages and towns that are found in the *Puyas*.

**The maps in the book**

Before Manipur was defeated by the British at Khongjom War (Anglo-Manipur War) in 1891, this Princely State was divided into *Panas* for smooth administration. Maps of that time are also included in this book. She became one of the Princely States indirectly controlled by the British Government . When India got her independence in August 1947, Manipur remained for a brief period outside the Indian Union. Manipur formally became part of the Indian Union in October 1949 as single district Part 'C' State administered by the Central Govt. through a Chief Commissioner The district was then divided into 10 administrative Sub-Divisions, 6 in the hills and 4 in the valley. They were Imphal West, Imphal East, Thoubal, Bishenpur, Jiribam, Ukhrul, Churachandpur, Mao and Sadar Hills, Tangmelong and Tengnoupal.

When Manipur attained statehood in 1972 a number of districts reorganisation also followed. At present there are 9 districts 4 in the valley (Imphal West, Imphal East, Thoubal and Bishenpur) and 5 in the hills (Churachandpur, Senapati, Ukhrul, Chandel and Tamenglong) in Manipur. The maps of the all the districts and their sub-divisions alongwith the villages' name in alphabetical order are included in the book. When one checks any particular village, it will be very easy for him to find it.

I wish Shri Gourachandra will bring out an another volume of Lammitlon for the remaining villages/towns which are not included in this book.

# মণিপুর

মণিপুর চিংনা ইকোয় কোয়শিনবা লৈবাক্নি। লৈবাক অসি ভাবতকী অৱাং নোংপোক চীদাইদা ব্রহ্মদেশকা তাইননা লৈ। লম্মীৎ-তুমিৎ - মণিপুরগী অৱাংদা নাগা চীং, নোংপোক্তা ব্রহ্মদেশ, খাদা লুসাই চীং অমসুং চীন চীংশাং অমসুং নোংচুপ্তা কাছার জিলা লৈ।

*লৈমাই-* মণিপুরবু চীং অমসুং তম্পাক হায়না শরুক অনী থোক্না খাইদোকই। মণিপুর তম্পাক অসি সমুদ্র ঈমায়থক্তগী ফুট ২,৬০০ রোম ৱাংই। মণিপুরগী অৱাং ঙমখৈদা লৈবা মাওগী লমদি সমুদ্র ঈমাযথক্তগী ফুট ৫,৭৬২ ৱাংই। চীংগী লমদা লৈবা অৱাংবা চীংজাওদি ঈমায়থক্তগী ফুট ১০,০০০ বোম ৱাংই। মণিপুর তম্পাক অসি অৱাং মায়কৈদগী খা থংবা মায়কৈরোমদা কুৎথৈ, মরম অসিদগী তুরেল অয়াম্বা অৱাং মায়কৈদগী খা পাংনা চেল্লি। তুরেল চেনবা লম পুম্নমক লৈহাও য়াম্না চেল্লি।

*পাক-চাওবা* - মণিপুরগী পাক-চাওবা বর্গ মাইল ৮,৬৩৮ নি। চীংগী পাক-চাওবনা বর্গ মাইল ৭,৯৩৮ নি অদুগা তম্পাক্কী পাক চাওবনা বর্গ মাইল ৭০০ নি।

*চীং* - হিমালয়গী নোংপোকথংবা চীদাইদগী পাটকৈ অমসুং নাগা চীংনা মখা পাংনা লাকলগা মণিপুরগী অৱাং ঙমখৈদা শমজি খাইদুনা মশা অনী থোক্না খা-নোংপোক অমসুং খা-নোংচুপ লোমদা শন্দোকখি। মশা অনী অসি খা-থংবা ঙমখৈদা অমুক শমনদুনা লুসাই অমসুং চীন চীংশাং ফাওবা শন্দোকখি। মণিপুরগী অৱাংদগী খা-নোংচুপ লোমদা শন্দোকখিবা চীংশাং অসিগী মমিং মাওগী অৱাং নোংচুপ্তা বরাইল পাহার হায়না থোল্লি। মসিগী মখাদা য়াংপুজিলোং, ডাইমিকিলোং চীংশাং অনী অসিনা অরাও অখু মান্ননা তমেংলোং সব ডিভিসন্দা চংখিদুনা তোঙান-তোঙানবা মমিং থোনখি। ডাইমিকিলোং চীংশাংনা রোইজিমাটেপাং, তম্পাবা অমসুং কৌব্রু হায়না মমিং থোন্দুনা মহকুমা অসিবু মণিপুর তম্পাক্তগী তোঙান্না খাইদোকই। য়াংপুজিলোং চীংশাংনা বোলেনবুং হায়না মমিং থোন্দুনা খা-পাংনা চুড়াচান্দপুর এরিয়াদা চংখি অদুগা ইরং অমসুং বরাক্কী তিন্নফম ফাওবা শন্দোরকই। ভাঙ্গাই চীংশাং, তমেংলোংগী অৱাং নোংচুপ থংবা ঙমখৈদগী বরাইল পাহারগী মশা অমনা থিংদোল চীংদগী হৌদুনা খা-পাংনা মণিপুরগী নোংচুপ ঙমখৈ লেপ্তুনা চুড়াচান্দপুর এরিয়াদা ভাঙ্গাই হায়না মমিং থোল্লগা টিপাইমুখ ফাওবা শন্দোকখি।

*কাইলাম চীংশাং* - তমেংলোং এরিয়াদা লৈবা নুংনাং চীংদগী হৌরক্তুনা খারোমদা চুড়াচান্দপুরগী ময়াইদা লাক্তুনা খা লোইখম ফাওবা শন্দোকখি । খা-নোংপোকলোমদা শন্দোকখিবা চীংশাংগী মনুংদা উনিংথৌ চীংশাংনা কোহিমাগী মখা থংবা শরুক্তগী শন্দোরক্তুনা মাও এরিয়াদা চংখিদুনা চৌরাই তাংখুল ফাওবা লাকই । মপিথেল চীংশাংনা উখ্রুল এরিয়াগী তুসেন খুন্দগী শন্দোরক্তুনা মহকুমা অসিগী নোংচুপ ঙমখৈ লেপলমলগা খা পাংনা লাক্তুনা মণিপুরগী খা লোইখম ফাওবা শন্দোকখি । কৌব্রু চীংশাং অমসুং মপিথেল চীংশাংগী মরক্তা লৈবা ওখাকনা নেম্বা থেল অদুবু মণিপুর তম্পাক কৌই । চীঙাই চীংশাংনা উখ্রুল এরিয়াগী মথকলোমদগী খা পাংনা এরিয়া অসিগী ময়াইদা শিরোই চীং ফাওবা লাক্লগা নোংপোক অমসুং নোংচুপ্তা মশা কয়ামরুম লোংথোকখি । মশা অমনা মণিপুরগী খা লোইখম ফাওবা চংখি; অতোপ্পা মশা অমনা খা নোংপোকলোমদা শন্দোরক্তুনা মখাথংবা শরুক্তা মুলেইন হায়না কৌদুনা কবোরোমদা অঙ্গোচীংগা শম্নখি ।

অৱাং নোংপোক অমসুং নোংচুপগী চীংশাংশিং অসিদা ৱাংল ৱাংলবা চীংদোল কয়ামরুম লৈ; মখাদা ফুট ৮,০০০ দগী হেন্না ৱাংবা চীংদোল ৮ গী মমিং, লৈফম অমসুং অৱাংবা উৎলি ।

| | চীং মমিং | লৈফম | অৱাংবা |
|---|---|---|---|
| ১। | ইশো নত্রগা টেনিপু চীংদোল | মাও এরিয়াদা | ফুট ৯,৮২৪ |
| ২। | খয়ংবুং (তোং) চীংদোল | উখ্রুল মহকুমাদা | ফুট ৯,২৯৫ |
| ৩। | লৈকোৎ চীংদোল | তমেংলোং মহকুমাদা | ফুট ৯,২৯০ |
| ৪। | শিরোই | উখ্রুল মহকুমাদা | ফুট ৮,৪২৫ |
| ৫। | তম্পাবা | তমেংলোং মহকুমাদা | ফুট ৮,৪১২ |
| ৬। | কৌব্রু চীংদোল | তমেংলোং মহকুমাদা | ফুট ৮,৪০২ |
| ৭। | ইশো চীংদোল | মাও এরিয়াদা | ফুট ৮, ১৯৫ |
| ৮। | কচাওবুং (তোং) চীংদোল | উখ্রুল মহকুমাদা | ফুট ৮,০৭০ |

"তোং" হায়বা ৱাহে অসি অৱা লোন্নি; মসিগী অর্থনা চীংদোন হায়বনি । চীংদোলশিং অসি ব্রহ্মদেশ অমসুং মণিপুরগী এলাকাদা লৈ।

*পাৎ* - তম্পাক্কী মনুংদা মখা মাইকৈদা পাৎ য়াম্না লৈ । মখোয় অয়াম্বদি কালেম্বাদা কংই; তৌইগুম্বসুং অচৌবা পাৎ কয়ামরুক লৈ, মখোই অদুদি চহি চুপ্পা ঈশিং লৈ । পাৎশিং অসিগী মনুংদা লোক্তাকনা খ্বাইদগী হেন্না চাওই । পাৎ অসি চহিগী নোংজুথাগী ম তুংদা ময়ুংদা মাইল ৮ শাংই, মরাক্তা মাইল ৫ পাকই । নোংজু থাগী মতমদদি ময়ুংদা মাইল ১৭ মরাক্তা মাইল ১২ ওইগনি । অৱাং নোংপোক ভারত্তা মসিনা খ্বাইদগী হেন্না চাওবা পাৎনি ।

*তুরেল* - লৈবাক অসিগী খ্বাইদগী হেন্না চাওবা তুরেন্দি বরাক অমসুং ইম্ফালনি।

*বরাক* - তুরেল অসিগী ঈচেল অসি য়াম্না খোইদ্রিং খোইদ্রাং চেল্লি হায়দুনা বরবক্রদগী বরাক হায়না থোনখি। মণিপুরগী খ্বাইদগী চাওবা তুরেন্দি বরাকনি । মাও এরিয়াগী লিয়াই অমসুং তুংজোইগী মরক্তগী হৌরক্তুনা সেগাইকরল লোকনা মরামগী লমদমদা শঙ্গুলোক হায়না কৌদুনা ময়াংখাংদগী চেল্লকপা নুখি লোক নত্রগা সেনাপতি লোক্তা অমুক কারোংদা তিন্নরগা মমাই অৱাং নোংচুপ পাংনা চেল্লকই । তুরেল অসি রাজমৈ চীং নত্রগা রোইজিমাটেপাং চীংগী ময়াদা চেন্দুনা ঈরম মচা খরগা তিন্নবগা খ্বাই নৎত্রগা তুইলোং নৎত্রগা ক্বাই হায়না মমিং থোল্লি । অৱাংলোমদগী বরাইল পাহাড়দগী হৌরকপা ঙামৈনা জুপভো কৌবা নত্রগা কাচানাগানা তাপুইকি কৌবা তুরেলগা খ্বাইগা লমখাংদা অমুক তিন্নদুনা মখা পাংনা ঈবম চাওনা লাক্তুনা মণিপুবগী অৱাং নোংচুপ ঙমখৈ লেপলমলগা তমেংলোং মহকুমাদা চংখি। তুরেল অসি কাছারগী বরাইল পাহার অমসুং মণিপুবগী বোলেনবুং পাহাড়গী মরক্তা চেল্লি । লমখাংদা তমেংলোং এরিয়াগী ঙমখৈদা মকুগা অমসুং চুড়াচান্দপুব এবিযাগী ঙমখৈদা ইরংগা তিন্নরগা খা-পাংনা চেল্লকই । চুড়াচান্দপুর এরিয়াগী খা নোংচুপ ঙমখৈদা খারোমদগী চেল্লকপা তুইবাই তুরেলগা ববাক্তা অমুক তিন্নৈ । বরাক অমসুং তুইবাই অনী অসিগী তিন্নফমবু টিপাইমুখ হায়না থোল্লি । এরিয়া অসিদা অমসুং টিপাইমুখতগীদি তুবেল অসি য়াম্না পাকনা চেল্লি; টিপাইমুখতগী মাইল ৩০ রোম মমাই অৱাং ওন্না চেল্লক্তুনা মণিপুরগী নোংচুপ ঙমখৈ লেপলমলগা বরাক রিজার্ব ফোরেষ্টকী অৱাংদা মথকলোমদগী চেল্লকপা জিরি তুরেলগা অমুক তিন্নরগা অৱাং নোংচুপ লোমদা ঈচেন থৈখিদুনা কাছাড় জিলাদা চংখি । তুরেল অসি কাছাড় অমসুং শ্রীহট্ট ফাওদুনা চেল্লকই । শ্রীহট্টকী লমদমদা তুরেল অসিবু সুরমা তুরেল হায়না খঙনৈ । সুরমানা চেল্লি হায়দুনা লমদমশিং অসিবু সুরমা তম্পাক হায়না খঙনৈ । তুরেল অসি খা নোংচুপ পাংনা চেল্লক্তুনা খা ব্রহ্মপুত্রদা তাই । তরেল অসিনা মণিপুর তম্পাক ফাওদুনা চেল্লল্লবদি লৈবাক অসিগী লল্লোন ঈতিক অমসুং ঈ-পাউগী মরমদা য়াম্না চাওখৎলমগদবনি অমসুং অচৌ অচৌবা ঙা ফাদুনা ঙাগী করবার য়াম্না নিংথিনা তৌরম্বা য়াগনি । লৈবাক অসিগী তম্পাক্কী লমদমদা তুরেল অচৌবা চেল্লমদবা মরমনা অতোপ-অতোপ্পা লৈবাক্তা লল্লোন-ইতিক্কী থবক তৌবদা খুদোংচাবা ৱাৎলি ।

*ইম্ফাল তুরেল* - কাংপোকপীগী নোংচুপ্পা লৈবা চীংদগী টীকি তুরেল, তমপাবা অমসুং কৌব্রু চীংদগী থোরকপা লোকমচা কয়ামরুমগা তিন্নরগা নোংপোক্কী অকুৎপা লমদমরোমদা চেম্থরকই। লোকমচা ময়াম অসি পুনশিল্লগা ইম্ফাল তুরেল হায়না খা পাংনা চেল্লকই। লমখাংদা তম্পাক্কী শরুক য়ৌরগা লৈমখোং তুরেলগা খোংহামপাত্তা তিন্নদুনা ইম্ফাল পানা ফাওনা চেনখি। তুরেল অসি মখা পাংনা চেল্লকই অমসুং লম্থেলদা কোংবা, ইরিল, থৌবাল, শেকমাই, খোরদাক, খুগা অমসুং চকপী ঈরোং কয়ামরুম অসি লাক্তুনা তিন্নৈ। ইম্ফাল তুরেল অসি চুড়াচান্দপুরগী ঙমখৈদা ঈরম য়াম্না চাওনা চেনখি অদুগা এরিয়া অসিগী অমসুং মোম্বী এরিয়াগী মরক্তা চেল্লক্তুনা চীন চীংশাংদা চংখি। চীন চীংশাংদা তুরেল অসিবু মণিপুর তুরেল হায়না খঙনৈ। চীনগী ঙমখৈদা শিমহোল, কপি, খেলতাই অমসুং পিলুই ঈরোং ময়াম অসি লাক্তুনা তুরেল অসিদা তিন্নৈ। তুরেল অসি খোইদ্রিং খোইদ্রাং ফালাম ফাওবা লাকই; ফালামদগী মমাই নোংপোকপাংনা চেনখিদুনা চীনগী নোংপোক লোইখমদা মখারোমদগী চেল্লকপা মীথা তুরেলগা তিন্নৈ। অদুদগী অমুক মমাই অৱাংপাংনা খরা চেল্লমলগা কালে তম্পাক্তা চংখি। কালে তম্পাক্তা তুরেল অসি মীথা হায়না কৌদুনা য়াম্না পাক্তা চেল্লি। নানসালুইৱা কৌবা মফমদা অৱাংলোমদগী চেল্লকপা ঈরোং অচৌবা অমগা মীথা তুরেলগা তিন্নদুনা মমাই নোংপোকপাংনা চেল্লকলগা কালেৱাদা মৈতৈনা নিংথি কৌবা চীনদ্বিনদা তাই ।

## মরুওইবা শোরোক

১। **ডিমাপুর রোড** - ইম্ফালদগী ডিমাপুর ফাওবা শোরোক অমা চৎখি। মসি মাইল ১৩৪ শাংই। শোরোক অসিদা মোটর হঙ্গৎহন্দা চেল্লি, মী অমসুং পোৎ পুথোক পুশিল তৌই। ডিমাপুরদগী ইম্ফাল য়ৌবা নোংমা চংই। মণিপুরগী ঙমখৈদা মাওদা সনথোং অমা লৈ; মসিদা চৎথোক চৎশিনগী মিৎয়েং চংই।

২। **কাছার রোড**- ইম্ফালদগী খা-নোংচুপরোমদা শোরোক অমা লাকই; শোরোক অসি বিষ্ণুপুরদা নোংচুপ পাংনা খাইথখিদুনা চীংনুংদা লাকলগা ঝিরিঘাট য়ৌখি। মসিবু তোংজৈ মরিন হায়না খঙনৈ । মাইল ৯৮।।০ শাংই। ইম্ফালদগী বিষ্ণুপুর ফাওবা মোটরনা চৎপা য়াই। লম্বী অসিদা শলগাড়ী চৎপা য়াদে, শগোল নত্রগা খোংনা চৎলি, চৎপদা নুমিৎ ৭ নি চংই। ঝিরিঘাত্তা ষ্টেটকী থানা অমা লৈ; মসিনা মী চৎথোক চৎশিনগী মিৎয়েং চংই।

৩। **চুড়াচান্দপুর রোড**- খা নোংচুপলোমদা লাকইবা শোরোক অসি চুড়াচান্দপুর এরিয়া য়ৌখি,মাইল ৪২ শাংই। চুড়াচান্দপুরদগী টিপাইমুখ য়ৌই। শোরোক অসি খুগা তুরেলগী মনাক্তা লৈবা মেনহাও খুল ফাওবা মোটব ফাওই।

৪। **ব্রহ্ম রোড** - ইম্ফালদগী খা নোংপোকলোমদা পল্লেন ফাওবা শোরোক অমা লাকই, পল্লেন্দগী চীংনুংদা তুমু য়ৌখি। ইম্ফালদগী পল্লেন ফাওবা মোটর ফাওই, মসি মাইল ৬৪ শাংই। পল্লেন্দা ষ্টেটকী থানা অমা লৈ; মসিনা মী চৎথোক চৎশিনগী মিৎয়েং চংই।

৫। **য়াঙৌ পোকপী রোড** - ইম্ফালদগী খা-নোংপোকলোমদা অমুক য়াঙৌপোকপী ফাওবা শোবোক অমা লাকই, মসিনা ব্রহ্ম য়ৌখি। ইম্ফালদগী হৈরোক তুরেল ফাওবা মোটর লম্বী ফাওই।

৬। **য়াংদুং রোড** - ইম্ফালদগী খারোমদা শুগ্নু ফাওবা শোরোক অমা লাকই, মসিনা য়াংদুং য়ৌখি। ইম্ফালদগী শুগ্নু ফাওবা মোটর লম্বী ফাওই, মসি মাইল ৪০ শাংই।

৭। **কাংচুপ রোড** - ইম্ফালদগী শোরোক অমা নোংচুপ পাংনা লাক্লগা তমেংলোং সদর য়ৌখি। মাইল ৪৭ শাংই। ইম্ফালদগী কাংচুপ খুল ফাওবা মোটর লম্বী ফাওই।

৮। **উখ্রুল রোড** - ইম্ফালদগী অমুক শোরোক অমনা অৱাং নোংপোকলোমদা উখ্রুল সদর য়ৌখি। মাইল ৫১ শাংই। ইম্ফালদগী য়াইঙংপোকপী নত্রগা য়াইঙং ইংখোল ফাওবা মোটর ফাওই।

# লৈবাক ঙাকলোন

মৈতৈ লৈবাক্কী লৈঙাকলোন অসি বৃটিশকী মখা পোল্দ্রিঙৈ মতম ফাওবা খুদোংচাবা মওংদা পাল্লিবা নিংথৌশিংগী মতমদা লৈঙাকলোন কয়া শেমদুনা লাকই। লৈবাক অসি চীংমী তম্মী অনীনা খুন্দাই। চীং অমসুং তমগী মকোক ওইবদি মৈতৈ নিংথৌনা ওই। নিংথৌগী মখাদা ফমদৌ ৬৪ লৈরম্মী। ব্রায়েল বিচার তৌফম চৈবাপ কুচু থম্মী। মৈতৈ নিংথৌ খোংতেকচা (খৃ: ৭৬৩-৭৭৩) না পানবা মতমদা লাংজা লৌপুংফৈদা ফমদৌ ৬৪ মক্লা শা তাল্লুবদা ঙমনা লাইনা লৌদুনা ঈশিংদা শিখি। লোঙ পায়বা অমতং হিংহৌদুনা মাগী ধারা মখৈ লোংজম কৌখি হায়না চৈথারোল কুম্বাবদা ইরি। মৈদিংঙু লোইয়ুম্বা (খৃ: ১০৭৪-১১২২) না পানবা মতমদা পানা তরুক থোক্লা কায়। পানা মমিংদি :- ১। অঙৌবা লুপ্তি লুপলেন লুপ ২। নোংমাই লুপতি থৌচালুপ ৩। আকোং লুপতি কোংচালুপ ৪। খুরাই লুপ্তি লুপখুবা লুপ ৫। লৈচোল লাকপা তোলোংখোম্বনা লুপ অমা চিংএ চিংচারুপ । খুরাই ব্রাৎলে লুপ অমা ব্রাৎলে খাইচানখি। ৬। খাইচারুপ। অসিনা পানা ৬ থোক্লা কাখি হায়না চৈথারোল কুম্বাবদা ইরি। হায়রিবা পানা ৬ অসিনা লৈবাক ঙাক্লকই। মৈদিংঙু ক্যাম্বা (খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮) না পানবা মতমদা খৃ: ১৪৮৭ তা অহল্লুপ অমসুং নহারুপ লোয়শঙ লিংই। মহারাজ গরিবনিৱাজ হাক্তক্তা খাবম লাইফম লিংখৎপগী মতাং চৈথারোল কুম্বাবা অমদি লোয়য়ম্বা শিনয়েন্দা ইরি। লৈবাক ঙাকপা নুংঙাইনবা অহল্লুপ, নহারুপ, খাবম, লাইফম শেমদুনা লোয়শঙ কয়া অমসু লিংখৎখি। মৈদিংঙু সুরচন্দ্রনা পানবা মতম খৃ: ১৮৮৯ পোইনু নোংমাপানবা নিংথৌকাবদা লৱাই ইম্ফাল খায়ও হায়দুনা তোপ গারোৎকী নোংথোনবা শেঙ্গোই লালুপচিংবা, থোকচাও দয়ানিধি, শারুংবা অহুম্মা কুমদুনা ৱাইখোম খোংনাংদা নুং য়ুংদুনা মথক্লা ইম্ফাল মখানা লৌৱাই অদুদগী বাশীখোংবা, পোরোকশৌবী, মীরেপ পুং, কোংবা লাইফম, খোম্বিতোক, মন্ত্রিখোংনাংগী ৱাংমা চুম্ব্রেখোং মখৈ, ইরোই শেম্বা চীংজিন, মোইরাং হনুবা, লাংথবান খুন্দোন অদুদগী ৱাইখোম খোংনাং তাইএ।

খৃষ্টাব্দ ১৮৯৪ সেপ্তেম্বর তাং ৭ তা বর সাহেপনা পানা ৪ গী লাকপা ৪ হাপই।

লাইফমদা নিংথৌগী ময়াম্বুং অহল। খাবমদা খাইদিবা অঙাংমচা । নহারুপ্তা অশৈবা গুলাপসিং। অহল্লুপ্তা নোংমাইথেন্না কালি হাপই। মুহোরী মরিসু হাপই। লাইফমগী মুহোরী অধিকারীময়ুম লালা, খাবমগী লাইরিক য়েংবা নিংথৌজাও, অহল্লুপকী মুহোরী হাওরোকচম অতোনবা, নহারুপকী সমোম পুর্নোসিং অসি হাপই। লৌ, ইংখোনগী খাজনাবু লাকপা ৪ গী মখুত্তা থিয়ে। সেপ্তেম্বর তাং ৩০ দা পানা ৪ মক্কী খাজনা থিফম শঙ শাই। মফমদি লাইফমগী খাজনা থিনবা থৌবান্দা, খাবমগী ইরিন পুংদা, অহল্লুপগী লমাংদোংদা, নহারুপকী লমশাংদা শাই।

মৈদিংঙু চুড়াচান্দসিং (খৃ: ১৮৯১-১৯৪১) না পানবা মতমদসু তম্পাক অমসুং চীংলৈবাক হায়না শরুক অনীথোক্লা থাইদোকই। মদুদি- (১) তম্পাক্কী শাসন (২) চীং লৈবাক্কী শাসন। শরুক খুদিংগী অমুক শরুক মচা কয়া থোক্লা খাইরি।

*তম্পাক* - (১) ইম্ফাল পানা (২) নহারুপ পানা (৩) অহল্লুপ পানা (৪) খাবম পানা (৫) লাইফম পানা (৬) ঝিরিবাম মৌজা।

*চীংলৈবাক* - (১) তমেংলোং (নোংচুপ) সবডিভিসন (২) উখ্রুল (নোংপোক) সবডিভিসন (৩) সদর সবডিভিসন।

*কোনুং* - ইম্ফাল মণিপুরগী কোনুংনি।

## তম্পাক

ঙমখৈ - তম্পাক অসিগী অকোইবদা সদর মহকুমাগী চীংনা ইকোই কোইনা তাই। মসিগী অল্লাংদা মাও এরিয়া, নোংপোক্তা উখ্রুল সবডিভিসন, নোংচুপ্তা তমেংলোং সবডিভিসন, খাদা উখ্রুল মহকুমাগী খাথংবা শরুক মোম্বি এরিয়া অমসুং তমেংলোং মহকুমাগী খা থংবা শরুক চুড়াচান্দপুর এরিয়া লৈ। মহারাজ চুড়াচান্দনা খাজনা লৌখৎপদা খুদোংচানবগীদক তম্পাক্কী শরুক অসি মঙাথোক্লা খাইদোকই। মদুদি:-

ইম্ফাল পানা, নহারুপ পানা, অহল্লুপ পানা, খাবম পানা, লাইফম পানা। অসিদা নত্তনা তম্পাক্কী লমদমদা ঝিরিবাম কৌবা মৌজা অমসু মৌজাদার অমগী মখাদা থমই মদুবু ঝিরিবাম মৌজা হায়না খঙনৈ।

## ইম্ফাল পানা

ইম্ফাল পানাগী অল্লাংদা নহারুপ পানা, হৈঙাংচীং অমসুং খাবম পানাগী অল্লাং-নোংচুপ থংবা শরুক, নোংচুপতা নহারুপ পানা, খাদা অহল্লুপ অমসুং লাইফম পানাগী অল্লাংথংবা শরুক, নোংপোক্তা খাবম পানা লৈ। খ্বাই, য়াইস্কুল, খুরাই, ব্লাংখৈ লৈকাই মরি অসিনা ইম্ফাল পানা শাখি।

*পাক চাউবা* - পানা অসি ময়ুংদা খা অল্লাংদা মাইল ১২, মরাক্তা নোংপোক নোংচুপ্তা মাইল ৭ ওইগনি।

*চীং* - পানা অসিগী অল্লাং নোংচুপ থংবা লম খাইবোক অমরোম চীংঙাক্তনি; লাঙ্গোল চীংশাংনা ইম্ফাল পানাবু অল্লাং নোংচুপ্তা ইশাং শাংনা কোইশিল্লি। খাথংবা মাইগৈদা লৈবা লাংথবাল চীং, হিয়াংথাং

চীং পানা অসিগী অথোইবা চীংনি। চীংদুম অমসু পুং মচাশিংগী মনুংদা চীংঙা অমসুং পিসুমনা অথোইর্বানি।

*পাৎ* - নোংচুপ্তা লম্ফেলপাৎ, তাকয়েলপাৎ, নোংপোক্তা পোরোমপাৎ, খা নোংপোক্তা কাজিপাৎনা অথোইবনি। ঈপান থাদদি পাৎ অয়াম্বা ঈশিংনা থন্না লৈ। ঈকং থাদদি ঈশিং লৈতবসু য়াওই। পাৎশিং অসিগী মনুংদা লম্ফেন্না খ্বাইদগী চাওই।

*তুরেল* - ইম্ফাল তুরেল অৱাংথংবা মাইগৈদগী চেল্লকুনা কোনুং অমনবগী নোংপোক পাংনা চেনখিদুনা সিংজমৈরোমদা মখা পাংনা চেনখি। কোংবা তুরেল কোংমরু চীংদগী হৌরক্তুনা ইম্ফাল তুরেলগা লাপ্পা মান্ননা চেল্লকুনা ইরোংখুন্দা ইম্ফালদা তাই। নম্বুল তুরেল কাংচুপ চীংদগী খা-নোংপোকপাংনা চেল্লকুনা খ্বাইরম্বন্দা নাগ তুরেলগা তিন্নরগা খা পাংনা চেনখিদুনা লোক্তাক্তা তাই। নাগ তুরেল-অৱাংদা লাঙ্গোল চীংশাংদগী থোরকুনা কোন্থা খাবম খুনয়া চেল্লকুনা লাইরিকয়েংবম লৈকাই লাম্থোক্লগা খ্বাই খ্বাইবম্বন্দা নম্বুল তুরেন্দা তাই। ইম্ফাল তুরেল অমসুং নম্বুল তুরেন্দা ঈপান থাদা হিগী লম্বীদা লল্লোন ইতিক্কী কাববার তৌই।

*ইম্ফাল* - মণিপুরগী কোনুংনি।

*খ্বাই* -উরিপোক্তা চৈরাপ অমসুং পঞ্চায়েৎ কোর্ট অনী লৈ।

*মোইরাংখোম* - মফম অসিদা ইংশোক ১৭৩৯ শুবদা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র পোকই। মোইবাংখোমগী মনাক্তা পুলিস বাজার কৌবা কৈথেল অমা লৈ।

*খুরাই* - ইম্ফাল তুরেলগী নোংপোকথংবা তোর্বান্দা লৈ।

*রাংখৈ* - মফম অসিদা মণিপুরগী খ্বাইদগী হেন্না চাওবা পুথি অচৌবা অমা লৈ; পুথি অসিগী মমিং নিংথেম পুথি কৌই। মহারাজ গরিবনিৱাজনা শকাব্দ ১৬৩১ দা তৌরম্বা পুথিনি।

*কোন্থা খাবম* - ইম্ফাল পানাগী অৱাংদা গরিবনিৱাজনা খৃ: ১৭১০ দগী ১৭৫০ ফাওবা পানবা মতম অসিদা মতম খরা কোনুং ওইরমই।

*মন্ত্রি পুখ্রি* - পানাগী অৱাংদা, পুখ্রি অসি আনন্দশাইগী হাকতক্তা তৌখিবনি। মফম অসিদা তেলি তাই।

*খোমিদোক* - পানাগী অৱাং-নোংপোক ওইনা লৈ।

*লাংথবাল* - পানাগী খা থংবা মাইগৈদা লৈবা মহৌশাগী য়াম্না ফজবা মফম অমনি। লাংথবাল চীংথক্তা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা কোনুং শারমই। গম্ভীরসিংহগী সনা হাকতক্তা অমুক শেম্মী। মহারাজ চূড়াচান্দনা চীংথক্তা মন্দির শারে। মহারাজগী অনীশুবা কোনুংনি।

*লিলোং* - ইম্ফালদগী মখারোমদা মাইল ৬ চৎলগা ইম্ফাল তুরেল অমসুং ইরিল তুবেলগী তিন্নফমদা লিলোং লৈ।

## নহারুপ পানা

*পাকচাউবা* - ময়ুংদা খা-অৱাংদা মাইল ৩৩ শাংই; মরাক্তা নোংপোক-নোংচুপ্তা মাইল ১৩ পাকই।

*চীং* - পানা অসিগী অৱাং-নোংচুপ্তা কৌব্রু চীং, নোংচুপ্তা কাংচুপ চীং অমসুং খা-নোংচুপ্তা লোইজিং চীংনা মথং মথং শন্দোরকই। নোংপোক্কী মফম অয়াম্বা চীং ঙাক্তনি; কোংমরু চীংনা খা-নোংপোক্তগী অৱাং নোংপোক্তা শন্দোরকই। পানা অসিগী খা-নোংপোক্তগী হৈঙাং চীংনা কোংমরু চীংগা শমনখি।

*তুরেল* - ইম্ফাল তুরেল অৱাংদগী পানা অসিগী ময়াই ফাওনা চেল্লকলগা ইম্ফাল পানাদা চংখি। লৈমখোং তুরেল নোংচুপকী সনাহল লোকচাওদগী হৌরক্লুনা নোংপোকপাংনা লাক্লগা খোংহামপাক্তা ইম্ফালদা তাই। লৈমখোং তুরেল মশা অমনা খা-নোংপোক পাংনা লাক্লুনা লমদেংদা ইম্ফাল পানাদা চংম্লগা ইরোইশেম্বদা লাঙ্গোল চীংজিন্দা নম্বুল তুরেন্দা তাই। লুৱাংলি তুরেল অমসুং সিংদা তুরেল কাংচুপ চীংশাংদগী হৌরক্লুনা লমখাংদা তিন্নরগা তাউথোংদা নম্বুল তুরেন্দা তাই । মাকলং তুরেল কাংচুপ চীংদগী হৌরক্লুনা খা পাংনা চেল্লকলগা অহল্লুপ পানাদা চংখিদুনা নম্বোলগী ঙমখৈদা নম্বোল তুরেল হায়না মমিং থোন্দুনা লোক্তাক্তা তাই।

*পাৎ* - অৱাং-নোংপোক্তা খুন্দ্রাকপম লৱাইদা লৈবা লম্ফেলশোই পাৎ নত্তনা মমিং পনবা য়াবা পাৎ লৈতে।

*মরুওইবা খুল* - অৱাং লৈকিন্থবী, ফৈদিঙ্গা, সেকমাই, খুরুখুল, কৌদ্রুক, কাংচুপ খুল, চকপা ফয়েং, তাইরেনপোকপী, মাকলং, লমশাং, কোম্থৌজম, ফোইজিং, কাঙমোং, হৈগ্রুজম অসিনচিংবা খুল কয়ামরুম তিন্নদুনা নহারুপ পানা শাখি।

*অৱাং লৈকিন্থবী* - পানা অসিগী অৱাংদা ইম্ফাল তুরেলগী নোংপোকথংবা তোর্ব্বান্দা লৈ; মফম অসিদা মরোল থোকপা চোংঙা অমুবী য়াম্না ফংই।

*ফৈদিঙ্গা* - পানাগী অৱাংদা; মফম অসিদা লৈমখোং মথক্তা নুংগী থোং অমা শাই। পি, ডবলিউ, ডিগী সব ব্রাঞ্চ অমা অমসুং চীংথক্তা ডাক বাঙ্গলা অমা লৈ।

*সেকমাই* - পানাগী অৱাংদা ইম্ফাল তুরেলগী নোংচুপথংবা তোর্ব্বান্দনি; অথোইবা লল্লোনফমনি। মফম অসিদা থানা অমসুং কৈথেল লৈ; য়ুগী কারবার য়াম্না নিংথিনা তৌই।

*খুরুখুল* - নোংচুপ্তা লৈমখোং তুরেলগী তোর্ব্বান্দা তাই; চকপা লোইরমনি। মফম অসিদা কাব্রংগী কারবার তৌই।

*কৌদ্রুক* - নোংচুপ্তা লুৱাংলি তুরেলগী খা থংবা তোর্ব্বান্দা তাই; চকপা লোইরমনি। মফম অসিদা কাব্রং অমসুং য়ুগী কারবার তৌই।

*লমশাং* - পানা অসিগী নোংচুপ্তা লৈ; অথোইবা লল্লোনফমনি। মফম অসিদা কৈথেল অমা লৈ; চীংদগী অনৌ অপেন, চান থক্লুবা য়াম্না পুরক্লুনা লমশাং কৈথেলদা য়োল্লে। ফৌ, কমলা, লী মফম অসিগী অথোইবা লল্লোনপোৎনি।


ইম্ফাল পানা
N
E
লম্ফেল পাং
উরিপোক
শগোলবন্দ

# মাও মরাম এরিয়া






*কাংচুপখুল* - নম্বুল তুরেলগী হৌরকফমদা লৈ; মফম অসিগী লোক্তগী ঈশিং লৌরগা চীংথক্তা থক্লনবা ঈশিং (কলগী ঈশিং) শেমই।

*চকপা ফয়েং* - মাকলং তুরেলগী তোর্বান্দা লৈ; চকপা লোইরমনি। য়ু অমসুং কাব্রংগী কারবার তৌই।

*তাইরেনপোকপী* - লৈগ্রামদগী হোংদোকপা খুনৌনি, চকপা লোইরমনি। কাব্রংগী কারবার তৌই।

*মাকলং* - ইম্ফালদগী নোংচুপ্তা মাইল ১০ চংশিল্লগা মাকলংগী মনিংদা লোইজিং চীংখোংদা শঙাইথেল কৌবা থেল অমা লৈ। মফম অসিদা শ্রীযুৎ গৌরশ্যাম অমসুং মনাও ইবুংঙো জয়সিংহনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লমই। জয়সিংহ মহারাজগী মমিং লৌদুনা কোনুং অসিবু জয়নগর কৌখি। ইংশোক ১৭৬৩ দা মফম অসিদা শ্রীযুৎ গৌরশ্যামগা ইংরেজ গবর্নমেন্টকা সন্ধিপত্র অমা ইনখি। সরকারগা মৈতৈগা শম্নবা মসিনা অহানবনি।

## অহল্লুপ পানা

*ঙমখৈ* - পানা অসিগী অৱাংদা নহারুপ অমসুং ইম্ফাল পানা, নোংপোক্তা লাইফম পানা, খা অমসুং নোংচুপ্তা চুড়াচান্দপুর এরিয়া লৈ।

*পাকচাউবা* - পানা অসি ময়ুংদা খা অৱাংদা মাইল ৩৫ শাংই, মবাক্তা নোংপোক - নোংচুপ্তা মাইল ১২ পাকই। পানা অতৈদগী পানা অসিনা কুৎপা খ্বাইদগী হেল্লি। তুরেল অয়াম্বা মাইগৈ অসোমদা চেন্থরকই অমসুং চীন চীংশাংদা চিথখি।

*চীং* - পানা অসিগী অৱাং-নোংচুপ্তা নহারুপ পানাদগী লোইজিং চীংনা খা নোংচুপ ওইনা শন্দোরকই। বিষ্ণুপুরগী মনাক্তা বুংতে অমসুং পরেংবা চীংনা ময়াংলম্বীগী চীংগা শমনখি। মসিগী নোংচুপ অমসুং খাদদি চীংঙাক্তনি ; নোংচুপ্তা চুড়াচন্দপুরগী ঙমখৈদা থাংজিং চীংজাওনা অথোইবনি ; খাদা কমশোন চীংনা চুড়াচান্দপুরগী ঙমখৈ ফাওবা শন্দোকখি। চীং মচাগী মনুংদা লোকপচিং, চিংফু, খোরিফাবা অমসুং মচিন মনাও চীংগী মমিং পনবা য়াই।

*পাৎ* -লোক্তাক্লা পাৎশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাওই। পাৎ অসিগী অতোপ অতোপ্পা শরুক্কী মমিং তোপ্পা তোপ্পা থোল্লি। লোক্তাক্কী অৱাংদা উত্রাপাৎ, সনাপাৎ, বামোন লৌকুৎ অসিনচিংবা, ময়াইদা ঙাক্রোপাৎ, তেক্রাপাৎ, লাইশোইপাৎ ; নোংপোক্তা লফুপাৎ অসিনচিংবা অমসুং খাদা কাংসুবী পাৎকী মমিং পনবা য়াই। লোক্তাক্কী ঈশিং খোরদাক তুরেল্লা চিথখিদুনা ইম্ফালদা তাই। লোক্তাক্তা লৈবা ঈথৎশিংগী মনুংদা থাঙ্গাঁ, ইথিং, করাং শীংথাবা য়াই।

*তুরেল* - ইম্ফাল তুরেল পানা অসিগী নোংপোক অমসুং খাগী মাইগৈ লেপলমলগা মখা পাংনা চেনখি। নম্বুল তুরেল ইম্ফাল পানাদগী থোরক্লনা লোক্তাক্তা লাইশোইপাত্তা তাই । নম্বোল তুরেল নহারুপ পানাদগী থোরক্লনা লোক্তাক্তা উত্রা পাত্তা তাই। খোরদাক তুরেল থাঙ্গা চীংদগী হৌরক্লনা খা পাংনা চেল্লকলগা ইম্ফালদা তাই। মোইরাং তুরেল মোইরাংগী নোংচুপ থংবা চীংদগী হৌরক্লনা মমাই নোংপোক পাংনা চেল্লকলগা লোক্তাক্তা তাই। খুগা তুরেল চুড়াচান্দপুর এরিয়াগী খা থংবা ঙমখৈদা লৈবা নাদালচুন চীংদগী হৌরক্লনা অৱাং পাংনা চেল্লকই। তুরেল অসি অহানবদা তুইথা হায়না খঙনৈ অমসুং লমখাংদা লিপি লোক্লা তিন্নরগা চুড়াচান্দপুর

এরিয়াগী অৱাং নোংপোক ঙমখৈ লেপলমদুনা খুগা হায়না মমিং থোল্লগা ইম্ফালদা তাই। তুরেল অসিগী ঈশিংদি থুমহি য়াল্লি।

*মরুওইবা খুল* - ৱাঙ্গোই, ময়াং ইম্ফাল, উৎলৌ, নম্বোল, লৈমপোকপম, ওইনাম, বিষ্ণুপুর, খোইজুমান খুলেন, নিংথৌখোং, ঙাংখালৱাই, মোইরাং, কুম্বী, ক্বাকতা, ৱাঙু, ইথাই, চাইরেল, থাঙ্গা, ইথিং, করাং অসিনচিংবা খুল কয়ামরুম তিন্নদুনা অহল্লুপ পানা শাখি।

*ৱাঙ্গোই* - ইম্ফাল তুরেলগী নোংচুপ্তুনি। গরিবনিৱাজগী মতমদা কোনুং ওইরমই।

*ময়াং ইম্ফাল* - মমাংঙৈদা খুমন নিংথৌগী কোনুং ওইরমই, মতম অদুদা মফম অসিবু খুমন লৈকোইপুং কৌরমই।

*উৎলৌ* - পানা অসিগী অৱাংদা লৈ। মফম অসিগী চুহিদগী চিনি অঙৌবা শুংই।

*নম্বোল* - নম্বোল তুরেলগী তোর্ববন্দা লৈ, অথোইবা লল্লোনফমনি। কৈথেল অমা কাই, মফম অসিগী কৈথেলবু বুড়িবাজার হায়না খঙনৈ।

*লৈমপোকপম* - পানা অসিগী অৱাংদা লৈ।

*চকপা লৈত্রাম* - পানা অসিগী অৱাং নোংচুপথংবা চীংখোংদা লৈ, চকপা লোইরমনি। মফম অসিদা কাব্রংগী কারবার তৌই।

*ওইনাম* - লোক্তাক্কী অৱাংথংবা পাৎপান্দনি। মফম অসিদা কৈথেল অমা লৈ।

*তেংখল খুনৌ* - ময়াংলম্বীদা লৈ, মমাংঙৈদা লোইরম ওইরমই, মফম অসিদা লৈবা মীনা নোংমৈগী তেংখল শারমই।

*বিষ্ণুপুর* - পানা অসিগী নোংচুপ্তা লৈ, মমাংঙৈদগী লমাংদোং কৌরকই। ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজগী কোনুং ওইরমই।

*খোইজুমান খুলেন* - লোক্তাক্কী নোংচুপথংবা পাৎপান্দা লৈ। মফম অসি কালারাজা শেমখিবগী অহানবা কোনুংনি।

*নিংথৌখোং* - লোক্তাক্কী নোংচুপথংবা পাৎপান্দা লৈ। মফম অসিদা হৌজিকসু কালারাজাগী ধারানা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি।

*খোইরেনতাক* - নোংচুপথংবা চীংয়াদা লৈ। মফম অসিদা খম্বনা কৈ ফাখি।

*ঙাংখলৱাই* - পানা অসিগী নোংচুপ্তুনি, মফম অসিদা থোইবীনা শারম্বা ফি হৌজিক ফাওবা লৈরি।

*মোইরাং* - মণিপুরগী মমিৎ চৎপা লমনি।

*কুম্বী* - খুগা তুরেলগী মপান্দা তাবা খুঙ্গং অমনি।

*ক্বাকতা* - পানা অসিগী খা নোংচুপ্তা লৈ।

*ৱাঙু* - ইম্ফাল তুরেলগী তোর্ববান্দা লৈ।

*ইথাই* - খুগা তুরেলগা ইম্ফাল তুরেলগা তিন্নফমদনি।

*চাইরেল* - পানা অসিগী মখাদা ইম্ফাল তুরেলগী তোর্ববান্দনি মফম অসিদা চফু শাই।

*থাঙ্গা* - লোক্তাক ময়াইদা লৈবা চীংদুম অমগী মথক্তা লৈবা খুলনি।

*ইথিং অমসুং করাং* - লোক্তাক্তা লৈবা ঈথৎনি।

## খাবম পানা

পানা অসি গরিবনিৱাজগী মতমদা পুথোক্লম্বনি। মসিগী অৱাংদা মাও এরিয়া অমসুং উক্রুল মহকুমা, নোংপোক্তা উক্রুল মহকুমা অমসুং সদর সব-ডিভিসনগী চীং, খাদা লাইফম পানা, নোংচুপ্তা নহারুপ পানাগী অৱাংথংবা শরুক অমসুং ইম্ফাল পানা লৈ।

*পাক চাওবা* - পানা অসি ময়ুংদা মাইল ৩০ শাংই; মরাক্তা নোংপোক-নোংচুপ্তা মাইল ১৩ পাকই।

*চীং* - পানা অসি চীং লৈবাকনি। মসিগী ময়াইথংবা শরুক চীং ঙাক্তনি, মতাই অনীদা নোংপোক অমসুং নোংচুপ্তা তম্পাক লৈ। নোংমাইজিং চীংনা ইম্ফাল পানাগী ঙমখৈদা লৈবা ইরিল তুরেলগী ৱাংমদগী নোংপোকলোমদা অসুম শন্দোকখিদুনা খা-অৱাং ওইনা লাকলগা থৌবাল তুরেলগী নোংচুপ থংবা তোর্বান ফাওবা শন্দোরকই। খাদা বেঙ্গি পেচি চীংগী মমিং পনবা য়াই।

*পাৎ* - শীংথাবা য়াবা পাৎ য়াম্না লৈতে। মসিগী ময়াইদা অন্দ্রগী মখাদা পোইরৌ পাৎনা অথোইবনি।

*তুরেল* - ইরিল তুরেল মাও এরিয়াগী চীংখৈদা লৈবা লখমৈ অমসুং কদম চীংদগী হৌরক্লুনা খা পাংনা চেল্লকই। তুরেল অসিবু হৌরকফমদা কাইপো হায়নসু খঙনৈ। লমখাংদা তুরেল অসিদা লোক কয়ামরুম লাক্লুনা তিল্লে; মদুগী মনুংদা উক্রুল এরিয়াগী নোংচুপ ঙমখৈদগী হৌরকপা ইহং লোকনা পানা অসিগী অৱাংথংবা ঙমখৈদা ইরিল তুরেলগা তিন্নে। ইথোইলোক কৌবা মশা অমনা কারোংলোমদগী খাপাংনা চেল্লক্লুনা ইরিলদা তাই। মফম অদুদগী ইরিল তুরেল খাপাংনা কৈবি খুনৌ অমসুং শেক্তা ফাওবা চীংলক্তা চেল্লক্লগা তম্পাক্কী লমদমদা চংখি। তম্পাক্তা মমাই খা-নোংচুপ পাংনা চেল্লক্লুনা লিলোং খুন্দা ইম্ফালদা তাই। থৌবাল তুরেল উক্রুল মহকুমাগী হুইমী চীংদগী হৌরক্লুনা মমাই খা পাংনা চেল্লক্লগা খাবম পানাদা চংখি। খাবম পানাদা তুরেল অসি য়াইঙংপোকপীদগী খা পাংনা নোংমন ফাওবা চুমনা চেল্লি। অদুদগী মমাই খা-নোংচুপ পাংনা চেনখিদুনা লাইফম পানাদা চংখ্রগা ইরোং খুন্দা ইম্ফালদা তাই। অরোং তুরেল বেঙ্গিচীংগী মথকলোমদগী হৌরক্লুনা লাইফম পানাদা অথোকপমদা, পানা অসিগী নোংপোক্তগী চেল্লকপা নাওড়ুবী তুরেলগা তিন্নরগা ইকোপ পাত্তা তাই।

*নোংমাইজিং* - চহি খুদিং লমতা থা শিরমদাইদা লাইখুরুম্বা কানৈ। মফম অসিদা নোংপোক নিংথৌ পান্থোইবীগী খুভম লৈ।

*কাইনা* - কাইনা চীংদগী উ য়াল্লগা শ্রী গোবিন্দজীউগী মূর্ত্তি শাখি।

*কালিকা সিপাই* - মফম অসিদা খোংজি মহাদেবগী খুবম লৈ।

*মরুওইবা শোরোক* - (১) ইম্ফালদগী শোরোক অমা অৱাং-নোংপোক লোমদা পুখাও ফাওবা লাকই; মাইল ১৭ শাংই।

(২) ইম্ফালদগী নোংপোক্তা শোরোক অমা চীংনুংদা তখেল ফাওবা লাকই। শোরোক অসি মশা অনী থোকখিদুনা চীংনুংদা লাক্লগা মোইরাংপ্রেমদা অমুক তিন্নরে। মসি মাইল ২৪ শাংই। মসি টিনসিড রোড হায়নসু খঙনৈ।

(৩) ইম্ফালদগী মৈরমপাংনা লম্বী অমা চীংনুংদা খোইদ্রিং খোইদ্রাং কর্পূরশুংবা ফাওবা লাকই। কর্পূরশুংবদগী মশা অমনা পোইরৌ পাৎপানলোমদা অমসুং অতোপ্পা মশা অমনা চীংনুংদা কোইনা থেকনা লাকই । মশা অনী অসি অংথাদা অমুক তিন্নদুনা নোংপোকপাংনা য়াইরিপোক কৈথেল ফাওবা লাকই। য়াইরিপোক্তগী মশা অনীথোক্লা অমুক খাইদোকখিদুনা খা-অৱাং ওইনা মশা অমনা শিখোং অদুগা অতোপ্পা মশা অমনা নিঙেন য়ৌখি। ইম্ফালদগী নিঙেল মাইল ১৮ অমসুং শিখোং মাইল ১৮ মখায়নি।

(৪) য়াইরিপোক্তগী শোরোক অমা থৌবাল ফাওবা লাকই।

(৫) নিঙেন্দগী শোরোক অমা খাপাংনা লাক্লুনা সলুংফম তারগা নোংচুপপাংনা চৎখিদুনা চেরাপুরদা থৌবালগী শোরোক্তা শমনখি।

*মরুওইবা খুল* - পুখাও, য়াইঙং ইংখোল, লমলাই, চলৌ অরিবা, অন্দ্রো, কর্পূরশুংবা, কামু, য়াইরিপোক, বেঙ্গি, পেচি, মোইরাং প্রেম, ইথম, মোম্থৌ, নুংব্রং, চন্দ্রখোং, ফাঞ্জংখোং, নিঙেন, ককময়াই, শিখোং, শেকমাই খুনবী, ইরিনবুং, শওম্বুং, লৌরেম্বম, ৱাংজিং অসিনচিংবা মরুওইবা খুল কয়ামরুম তিন্নদুনা খাবম পানা শাখি।

*পুখাও* - পানা অসিগী অৱাংদা ইরিল তুরেলগী মপান্দা লৈ। উগী কারবার তৌই ।

*য়াইঙং ইংখোল* - পানা অসিগী নোংপোক্তা লৈ। চীংগী পোৎচৈ ফংই।

*লমলাই* - ইরিল তুরেলগী নোংপোকথংবা তোর্ববান্দা তাই। মফম অসি অঙোমগী উমংলাই পুরৈরোম্বগী লৈফম অমসুং কোনুং অমনবনি।

*চলৌ* - পানা অসিগী অৱাংদা ইরিল তুরেলগী নোংপোক থংবা তোর্ববান্দনি । মফম অসিদা থুমখোং অমা লৈ অমসুং মসিগী থুমজাও মমাইথাবী মমিং চৎলি।

*অন্দ্রো* - পানা অসিগী ময়াইদা চীংলক্তা লৈবা তম্পাকনি। মফম অসিদা পোইরৈতোন খুন্থোকপগী মৈ হৌবি। অন্দ্রোগী লশিং অমসুং খরুং মমিং চৎলি; মফম অসি লোইরমনি।

*কর্পূরশুংবা* - পোইরৌ পাৎকী নোংচুপথংবা পাৎপান্দা লৈ। মমাংঙৈগী কর্পূর শুংফমনি।

*কাইনা* - থৌবাল তুরেলগী নোংচুপথংবা তোর্ববান্দা চীঙ্গোন অমদা লৈ ; মফম অসিগী চীংদা মচু ফজবা লৈঙাং পেকফম লৈ।

*য়াইরিপোক* - থৌবাল তুরেলগী তোর্ববান্দা তাই। য়াইরিপোক্কী অৱাংথংবা শজি খোংদা থুমখোং লৈ। য়াইরিপোক্কী চুহিদগী চিনি অঙৌবা শুংই।


মা ও এরিয়া
খাবম পানা
N
E
পুখাও
লৌতাই
লমলাইলাগা
ইথম
মোস্থৌ
মোইরাংপ্রেম
নুংত্রং
চন্দ্রখোং
ফানজং খোং
নোং মা ইচীং
অল্লো
কাংপো
নিংজেল
উখোংশাং
শিখোং
লা ইফম পানা

*বেঙ্গি* - পানা অসিগী মখাদা লৈ ; থুমখোং অমসু লৈ।

*পেচি* - পানা অসিগী খা থংবদা লৈ ; পেচি চীংদা ক্সারোক মহাদেব লৈ, থুমখোংসু লৈ।

মোইরাংপ্রেম, ইথম, মোম্লৌ, নুংব্রং পানা অসিগী নোংপোক্তা থৌবাল তুরেলগী মপান্দা তাবা তম্পাকনি। মফম পুম্নমক থুমখোং লৈ।

চন্দ্রখোং, ফাঞ্জংখোং, নিঙেন, ককময়াই, শিখোং পানা অসিগী নোংপোক্তা লৈ। মফম পুমনমক থুমখোংগী মমিং চৎলি।

*শেকমাই খুনবী* - পানা অসিগী নোংপোক্তা লৈ। চফু শাবগীদমক মমিং চৎলি।

*ব্রাংজিং* - পানা অসিগী নোংপোক্তা হৈরোক তুরেলগী খা থংবা তোর্ববান্দা তাই।

## লাইফম পানা

*ঙমখৈ* - পানা অসি গরিবনিৱাজ মহারাজনা পুথোকলমবনি। মসিগী অৱাংদা খাবম পানা অমসুং ইম্ফাল পানাগী খাথংবা মচেৎ খরা, নোংচুপতা অহল্লুপ পানা, খা অমসুং নোংপোক্তা সদব সব-ডিভিসন, আযাপুরেল অমসুং মোম্বি এরিয়াগী চীং লৈ।

*পাক চাউবা* - পানা অসি ময়ুংদা খা-অৱাংদা মাইল ৩৫ মরাক্তা নোংপোক নোংচুপতা খ্বাইদগী পাকপা মফমদা মাইল ১০ ওইগনি।

*চীং* - নোংপোক থংবা শরুক্তা অৱাংদগী মখারোমদা ককচিং, পুরুম, শুগনু চীংশাংনা অৱাংদা ককচিংদগী খা পাংনা শুগনু ফাওবা শন্দোরকই। খা-নোংচুপ্তা ৱাঙুগী চীংনা অথোইবনি।

*পাৎ* - পাৎকী মনুংদা পুমলেন পাৎ, খোইদুম পাৎ, খরুং পাৎ, ইকোপ পাৎ, অৱাংদা ঙাঙৌ পাৎ, মনিং পাৎ, ৱাইথৌ পাৎ, ফুনোম পাৎ অমসুং নোংপোক্তা লৌশি পাৎনা অথোইবনি। পাৎ পুম্নমক অসিগী মনুংদা পুমলেন পাৎনা খ্বাইদগী হেন্না চাউই ; পাৎ অয়াম্বা ঈকং থাদদি ঈশিং লৈতে, অকুৎপা কোম ওইনা লৈ।

*তুরেল* - ইম্ফাল তুরেল পানা অসিগী নোংচুপ মাইগৈ লেপলমলগা খাপাংনা চেনখি। থৌবাল তুরেলনা খাবম পানাদগী থোরক্তুনা ঈরোংদা ইম্ফাল তুরেলদা তাই। হৈরোক তুরেল গোমি চীংদগী হৌরক্তুনা তম্পাক্তা চংখ্রগা খরুংপাত্তা তাই। শেকমাই তুরেল লাইমতোল চীংদগী হৌরক্তুনা মমাই নোংচুপ পাংনা পল্লেন ফাওবা চেনখি ; পল্লেন্দগী অৱাং-নোংচুপ পাংনা তম্পাক্তা চেনখিদুনা শেকমাইজিন্দা ইম্ফালদা তাই। চকপী তুরেল লাইমতোল চীংদগী হৌরক্তুনা খা-নোংচুপ পাংনা চেল্লক্লগা খুবুং খুনৌ য়ৌবদা নুংতুয়াংগা তিন্নদুনা অৱাংপাংনা চেল্লক্লগা তুয়াং নত্রগা ইঙান তুরেলগা অমুক তিন্নরগা শুগনুগী মখাদা ইম্ফাল তুরেন্দা তাই। মরাম্বাখোং ৱাবগাইদা শেকমাই তুরেলদগী খাইথখিদুনা খাপাংনা চেল্লক্লগা চাইরেলদা ইম্ফাল তুরেলদা তাই। ইরুম অমসুং ফান্দু তুরেল ককচিংগী চীংদগী হৌরক্তুনা নোংচুপ পাংনা চেল্লকলগা মরাম্বা খোংদা তাই।

## মমিং চৎপা মফম

***ইরোং*** - ইম্ফাল তুরেল অমসুং থৌবাল তুরেলগী তিন্নফমদা লৈ। মফম অসিদা পাঙন তাই, মখোয়না থাইনগী মৈতৈ চে শাই ।

***থৌবাল*** - পানা অসিগী অৱাংদা থৌবাল তুরেল মপান্দা লৈ।

***অথোকপম*** - থৌবালগী মখা অরোং তুরেল মপান্দা তাই । খৃ : ১৮৯১গী লানফমনি, মফম অসিদা বৃটিশ সরকারগা মৈতৈগা লান শোকনখি ; লান্দা য়াইস্কুল লাকপা মাইথিবা ফংখি।

***খোংজোম*** - খৃ: ১৮৯১ গী লানফমনি, মফম অসিদা বৃটিশ সরকারগা মৈতৈগা লান থেংনখি, লান্দা পাউনা ব্রজবাসী তুখি।

***ইরেংবন*** - লৌশি পাৎ মপান্দা লৈ।

***ককচিং খুলেন*** - শেকমাই তুরেলগী তোর্ব্বান্দা তাই। অথোইবা লল্লোনফমনি, নুমিৎ খুদিংগী কাবা কৈথেল অমা লৈ। ককচিংদা য়োৎ অমসুং শুনু পেরে থোকই।

***পল্লেন*** - ব্রহ্মরোডকী চীংখোং শেকমাই তুরেলগী তোর্ব্বান্দা লৈ।

***শুগনু***- পানা অসিগী খাদা ইম্ফাল তুরেলগী মপান্দা তাই। শুগনু চীংদা শুনু পেরে অমসং মেক্রুক ফংই।

***রাইখোং*** - মরাম্বাখোং অমসুং ফান্দু তুরেলগী তিন্নফমদা লৈ। মফম অসিদা থুমখেং অমা লৈ।

***খোংজাও*** - ফান্দু তুরেলগী অৱাংথংবা তোর্ব্বান্দা লৈ। মফম অসিদা কাব্রংগী কারবার য়াম্না নিংথিনা তৌই। চফু শাই।

## ঝিরিবাম মৌজা

ওমখৈ লৈবাক অসিগী অৱাং অমসুং নোংচুপ্তা ঝিরি অমসুং বরাক তুরেল, খা থংবদা বরাক তুরেল অমসুং নোংপোক্তা চুড়াচান্দপুর এরিয়াগী চীংখোং লৈ।

***পাক চাওবা*** - মৌজা অসিগীময়ুংদা খা-অৱাংদা মাইল ৪০ অমসুং মরাক্তা নোংপোক-নোংচুপ্তা মাইল ৫ মখায়নি।

***তুরেল*** - বরাক অমসুং ঝিরি তুরেলনা অথোইবনি। ঝিরি তুরেল হাফলংগী লৈকেল খুলগী মনাক্তগী থিংদোল চীংদগী হৌরক্তুনা বরাক তুরেলগী ঈচেন্দা তিনখি।

***মরুওইবা খুল*** - ঝিরিঘাট, কালীনগর, বাবুপাড়া, লম্বাসড়ক, ডিবোং, ইসলামবাদ, আলিপুর, পাৎচাও, বাখাল, চম্পানগর, বেড়াবাক, লালপানী, য়াইরেলপোকপী, মুলার গাউ, নুংফৌ, লাটিং খাল, কাছিপুর, পাইবণী, অরামপুঞ্জী, অহম্মদাবাদ, ছোটবেগড়া, ভূটাংখাল, বড়বেগড়া, জাকুরাধর অমসুং শিবপুরীখাল, মরুওইবা খুলশিং অসি তিন্নদুনা ঝিরিবাম মৌজা শেমখি।

# চীংলৈবাক

*চাউরাকপা মরম* - মণিপুর চীংনা ইকোই কোইশিল্লি। লৈবাক অসি তম্পাকনা শরুক অমা চীংনা শরুক ১১ রোম ওইগনি। চীংগী লমদা মৈতৈ ক্বাথা খুন নত্তনা মৈতৈ তাদে, হাও ঙাক্তা তাই। চীংদা তাবা চীংমী জাৎশিংদি খোংজাই (কুকি), কবুই, ঙামৈ, মরাম, চিরু, পুরুম, আইমোল, মরিং, অনাল, লমকাং, মোয়োল, কোইরেং, তরাও, তাংখুলনচিংবনি। হাওশিংগী মরক্তা খোংজাইগী মশিংনা খ্বাইদগী হেন্না য়ামই। মখোয়গী মরক্তা তোঙান তোঙানবা লোল ঙাংনৈ, অমনা অমগী লোল খঙদে, মখোয় মশেন ব্রারি শাবা মতমদা মৈতৈরোন্না ঙাংনৈ। লৌউবনা অথোইবা শিনফমনি।

*পাক চাউবা* - তম্পাক্কী শরুক য়াওদনা শরুক অসিগী পাকচাউবা বর্গ মাইল ৭,৯৩৮ নি।

*ঈশিং নুংশিৎ* - চীংদা মহৌশানা নোং য়াম্না তাই; মরম অদুনা য়াম্না চোৎলি অমসুং ইংই, য়াম্নসু ফৈ।

চীংগী লমদম অসি ব্রায়েলবা অমসুং খাজনা লৌখৎপগী হিসাব মতুংইন্না শরুক ৩ থোক্লা খাইদোকই; শরুক খুদিংগী অমুক শরুক মচা কয়াথোক্লা খাইদোকই। অচৌবা শরুকপুনা মহকুমা নত্রগা সব-ডিভিসন অদুগা অপিকপা শরুকনা এরিয়া কৌই।

| সব-ডিভিসন | এরিয়া | সদর ষ্টেশন |
|---|---|---|
| (১) তমেংলোং সব-ডিভিসন | (ক) তমেংলোং এরিয়া | |
| | (খ) চুড়াচান্দপুর এরিয়া | তমেংলোং |
| (২) উখ্রুল সব-ডিভিসন | (ক) উখ্রুল এরিয়া | |
| | (খ) আয়াপুরেল এরিয়া | উখ্রুল |
| | (গ) মোম্বি এরিয়া | |
| (৩) সদর সব-ডিভিসন | (ক) মাও, মরাম অমসুং তম্পাক্কী অকোইবদা উরিবা চীং পুম্নমক | ইম্ফাল |

## তমেংলোং সব-ডিভিসন

শোক ১৯৩০ গী মমাংদা তমেংলোং অমসুং চুড়াচান্দপুর অনী অসি তোঙান তোনবা মহকুমা অমমম ওইনা লৈরমই ; শোক ১৯৩০গী মতুংদগী মহকুমা অনী অসি অমতা ওইনা তিনশিনখিদুনা তমেংলোং মহকুমা হায়না থোনখি অমসুং সব-ডিভিসনেল ওফিসার অমগী মখাদা থমই।

*ঙমখৈ* - মহকুমা অসিগী অৱাংদা মাও এরিয়া অমসুং নাগা পাহাড়, নোংপোক্তা মণিপুর তম্পাক, খাদা চীন চীংশাং অমসুং লুসাই চীংশাং, নোংচুপ্তা কাছার জিলা লৈ।

*পাকচাউবা*- মহকুমা অসি ময়ুংদা খা-অৱাংদা মাইল ১২০ অমসুং মরাক্তা নোংপোক নোংচুপ্তা মাইল ৬০ ওইগনি।

*শাসন* - লৈবাক ঙাকপদা অমসুং খজনা লৌখৎপদা খুদোংচানবগীদমক মহকুমা অসিবু অমুক অপিকপা শরুক ২ থোক্লা খাইদোক্লি। মদুদি:- (ক) তমেংলোং এরিয়া অমসুং (খ) চুড়াচান্দপুর এরিয়া। তমেংলোংনা মহকুমা অসিগী সদর ষ্টেশন্নি।

### (ক) তমেংলোং এরিয়া

*ঙমখৈ* - এরিয়া অসিগী অৱাংদা মাও এরিয়া অমসুং নাগা পাহাড়, নোংচুপ্তা অৱাং কাছাড়গী হাফলং, নোংপোক্তা মণিপুর তম্পাক অমসুং খাদা চুড়াচান্দপুর এরিয়া লৈ।

*পাক চাওবা* - এরিয়া অসি ময়ুংদা খা-অৱাংদা মাইল ৭০, মরাক্তা নোংপোক-নোংচুপ্তা মাইল ৩০ দগী ৪০ ফাওবা ওইগনি।

*তুরেল* - বরাক তুরেলনা খ্বাইদগী চাওই।

*ইরং* - বরাক্কী মথংদা ইরং এরিয়া অসিগী অথোইবা তুরেলনি। বোলেনবুং চীংদগী ইরং তুরেল অমসুং রোইজিমাটেপাং চীংদগী নেও কি তুরেল, লোকমচা কয়ামরুম অমসুং তম্পাবা চীংদোন্দগী থেংকি অমসুং অপোইকি লোকমচা ময়াম অসি তিন্নদুনা ঈরম চাউনা বোলেনবুং অমসুং রোইজিমাটেপাং চীংশাংগী মরক্তা ইরং হায়না মমিং থোন্দুনা চেল্লি। লম্বেন্দা লৈমতাক অমসুং ইজৈ তুরেল মচা কয়ামরুম লাক্নুনা তিন্নৈ। ইরং তুরেল অসি তমেংলোংগী ঙমখৈদা তুইলাং হায়নসু খঙনৈ। তুরেল অসি অহানবদা ঈরম য়াম্না পিক্লা চেল্লমই, কাছাড় লম্বীগী ৱাংমদগী ঈরম য়াম্না চাউনা চুড়াচান্দপুর এরিয়াদা চংখিদুনা খা-নোংচুপ পাংনা মাইল ২০ চেল্লন্নগা বরাক্কা তিন্নৈ। ইরং তুরেল বরাক্কা তিন্নরমদাইদা য়াম্না পাকনা চেল্লি।

*মকু* - কাছাড়গী বরাইল পাহাড়গী অৱাং-নোংচুপ ঙমখৈদা লৈবা থিংদোল চীংদোলদগী লোকমচা কয়ামরুম তিন্নবগা মখু নত্রগা মখো নত্রগা মেক্রু হায়না মিং থোন্দুনা মকু তুরেলনা খা পাংনা তমেংলোং এরিয়া ফাওনা চেল্লকই। তমেংলোংগী ঙমখৈদা লৈবা থিলোন খুন্দগী তুরেল অসি ঈরম চাউনা লাক্নুনা খা পাংনা চেনখি। কাছার লম্বীদা লৈবা কালানাগাদগী মখারোমদা মাইল ৩ চৎলগা মকু অমসুং বরাক্কী ঈতিন ফংই।

*ঈশিং চাইবী* -চীংনুংদা ঈশিং চাইবী মচা মচা য়াম্না লৈ, অয়াম্বদি নিংথমথাদা কংশিল্লি। অথোইবা ঈশিং চাইবীদি তমেংলোং এরিয়াগী মনুংদা শেম্পাং খুলগী মখাদা লৈবা বরাক ঈশিং চাইবীনি। মসি ফুট ১০০

KOHIMA

**MANIPUR STATE**

**Tamenglong Sub-Division**




CACHAR

SOMRA
TRACT
HSAWNG
HSUP

KHULONG

TUYANGWAICHONG

TAMENGLONG

TAMENGLONG

AREA

BARAK RIVER

MAKU RIVER

AKHUI

NUNGNANG

IMPHAL
(Valley)

SILCHAR

KHAWBUM

MUKTI KHULEN

RANGE

VANGAI

CHURACHANDPUR

CHURA CHANDPUR

KAILAM

AREA

KABAW VALLEY

THANSHII

HENGTAM

AIJAL

AIJAL CHIN HILLS

বাংবা মফমদগী মথাং অনীথোক্লা চাইথরকই।

***মরুওইবা খুল*** - তমেংলোং, অখুই, যামপি, খাওচাংবুং,নুংনাং, খৌবুম, কুইলোং, তৌসেম খুলেন, মুক্তিখুলেন,তুইয়াং ৱাইচোং, মরাংচীং, কম্বিরোন অমসুং নুংকাও অসিনচিংবা মরুওইবা খুল কয়ামরুম তিন্নদুনা তমেংলোং এরিয়া শেমখি।

***তমেংলোং*** -মহকুমাগী সদর ষ্টেশন্নি। অরিবা তমেংলোংনা ফুট ৩,৭৮৬ ৱাংবা থেল অমগী মথক্তা লৈ; হান্নগী মফমদগী মখারোমদা মাইল ৩ চৎথরগা অনৌবা সদর ষ্টেশন শেমলে। মসি ফুট ৪,১৯২ ৱাংবা থেল অমগী মথক্তা লৈ।

***অখুই*** - কবুইগী খুলনি, তমেংলোংদগী খা-নোংচুপলোমদা মাইল ৮ লাপনা লৈ। মমাংঙৈদা মণিপুরগী নিংথৌনা খুল অসিদা নোংমৈ পিরমই, হৌজিক্তি সরকারনা অমুক লৌশিনখ্রে।

***খাওচাংবুং*** -ইরং তুরেলগী মপান্দা লুখম্বী খুলগী মনাক্তনি। মফম অসিদা সিৎলৌ (SHITLHOU) খোংজাইগী নিংথৌ অরিবা অমা পাল্লি।

***নুংনাং*** - এরিয়া অসিগী খাদা ইরং তুরেলগী মপান্দা লৈ। কবুই খুলগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না চাউবা খুলনি।

***খৌপুম*** -কবুইগী খুলনি, এরিয়া অসিগী খাথংবা ঙমখৈদা ইরং তুরেলগী নোংপোকথংবা তোর্ববান্দা লৈ। মফম অসিদা লৈবা মীনা খৌপুম তম্পাক্তা ঈশিং লৌ উই। খুল অসিগী মীনা হৌজিক ফাওবা খোংজাইবু খুল অসিদা চংহন্দে।

***মুক্তি খুলেন*** - এরিয়া অসিগী খা থংবা ঙমখৈদা ইরং তুরেলগী নোংচুপ তোর্ববন্দনি। খুল অসি অচৌবা কবুই খুল অমনি, মফম অসিদা পানা মনা য়াম্না থাই। মমাংঙৈদা মৈতৈ নিংথৌনা নোংমৈ কয়ামরুম পিরমই, নোংমৈশিং অদু হৌজিক্তি মফম খঙ দরে।

***যামপি*** - খোংজাই খুলনি,খুল অসিদা সিৎলৌ কৌবা খোংজাইশিংগী পিবা অমনা পাল্লি।

***মরাংচীং*** - এরিয়া অসিগী খা-নোংপোকথংবা ঙমখৈদা ইজৈ তুরেলগী মপান্দা লৈ। খুল অসিদা লৈবা মীনা মখোয়গী য়ুম অদু তরু তহেন্না থমই; মখোয়গী পাখং লৈশাবীশিং অদু জগোই শাবদা য়াম্না হৈ।

***কুইলোং*** - তমেংলোং এরিয়াগী অৱাংলোমদা লৈবা লিয়াংমৈ কাচানাগা কৌবা হাওগী খুল অচৌবা অমনি।

***তুয়াংৱাইচোং*** - ইরং তুরেলগী মরুদা লৈবা খোংজাই খুল অমনি; মখোয়না ইরংগী তোর্ববান্দা ঈশিং লৌ উই। খুল অসি খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মদা লাইমিং লৌরে।

***তৌসেম খুলেন*** - মকু তুরেলগী মপান্দা লৈ। জেমি কাচানাগাগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না চাওবা খুলনি।

***কম্বিরোন অমসুং নুংকাও*** - থোইদোক্লা কুইদ্রি, খুল অনী অসিদগী যাদুনাং অমসুং গাইদিলু কৌবা মাইবা মাইবী অনীনা সরকারগী মথক্তা গোলমাল অমা হৌরকই; অদুবু মহৈ য়ানবদি ঙমখিদে। মী হাৎলুবগীদমক যাদুনাংবু ফাঁসি তৌখি অদুগা গাইদিলুবু পুন্সিচুপ্পগীদমক বন্দি থমখি।

মহৌশা লৈরম্বা মীগী মনুংদা কবুই অমসুং খোংজাইনা অথোইবনি।

## (খ) চুড়াচান্দপুর এরিয়া

***ঙমখৈ*** - এরিয়া অসিগী অৱাংদা তমেংলোং এরিয়া, খাদা আইজল অমসুং চীন চীংশাং, নোংচুপ্তা লুসাই চীংশাংগী আইজল অমসুং কাছার জিলাগী শিলচর, নোংপোকতা মোম্বি এরিয়া লৈ।

***পাক চাউবা*** - এরিয়া অসি ময়ুংদা খা - অৱাংদা মাইল ৫০ অমসুং মরাক্তা নোংপোক - নোংচুপ্তা মাইল ৬০ ওইগনি।

***চীং*** - এরিয়া অসিগী নোংচুপথংবা ঙমখৈদা ভাঙ্গাই চীংশাং (Vangai Range) অৱাংদগী খাদা শন্দোরকই। ভাঙ্গাই চীংশাংদা দুবিধর চীংদোল লৈ। চীংশাং অসিদা গম্পাবুং চীংদোলনা খ্বাইদগী হেন্না ৱাংই। এরিয়া অসিগী ময়াইদা অৱাংদগী খাবোমদা শন্দোরকই। কাইলাম চীংশাংগী মখাথংবা শরুক্তা শোংচাল চীংদোল ফুট ৫,৫৯৯ ৱাংই। কাইলাম চীংশাংগী নোংপোক্তা থাংজিং চীংদোল ফুট ৬,৯১৮ ৱাংই, মসিনা এরিয়া অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী ৱাংবা চীংদোলনি। হাওবি এরিয়া অসিগী নোংপোক্তা অৱাংদগী মখারোমদা নাদালচুন চীং ফাওবা শন্দোরকই ; মসিগী চীংদোল ফুট ৬,৩১৩ ৱাংই।

***তুরেল*** - এরিয়া অসিগী ঙমখৈদা বরাক তুরেলনা ইরং তুরেলগা তিন্নরগা খা পাংনা চেনখিদুনা টিপাইমুখতগী মমাই অৱাংপাংনা অমুক চেল্লক্লগা এরিয়া অসিগী নোংচুপ ঙমখৈ লেপলমই।

***লৈমতাক*** - কাইলাম চীংশাংগী লোক মচা কয়ামরুম অৱাং পাংনা ঈরম অমতা ওইনা লৈমতাক হায়না মমিং থোন্দুনা চেল্লকলগা তমেংলোং এরিয়াদা চংখি। এরিয়া অসিগী ঙমখৈদা তুরেল অসিবু পেন নত্রগা আপেনসু কৌই। তুরেল অসি অৱাং-নোংচুপ পাংনা চেনখিদুনা ইজৈ তুরেলগা তিন্নরগা ইরংদা তাই।

***তুইবাই*** - এরিয়া অসিগী চীন চীংশাংগা লোন্নবা মফম অদুদগী লোক মচা কয়ামরুম থোরক্লুনা অৱাংপাংনা চুড়াচান্দপুরগী ঙমখৈদা চেল্লি; চুড়াচান্দপুরগী ঙমখৈদা লোক ময়াম অসিগী অৱাংলোমদগী চেল্লকপা তুইলা অমসুং তুইলি লোক্কা তিন্নদুনা তুইবেল হায়না মমিং থোন্দুনা এরিয়া অসিগী ঙমখৈ ফাওবা খাপাংনা চেল্লকই। চুড়াচান্দপুরগী খাথংবা ঙমখৈদা খারোমদগী চেল্লকপা তুইসা তুরেলগা তিন্নরগা মমাই নোংচুপপাংনা খোইদ্রিং-খোইদ্রিং খর চেল্লমলগা লুসাইদা চংখি। লুসাইগী ঙমখৈদা তুরেল অসিনা কুলেনক্লাং চীংশাংগী মোইরাংলাইজিদা খারোমদগী চেল্লকপা তুইবোল তুরেলগা তিন্নরগা মমাই অৱাংপাংনা চেনখৎলক্লুনা চুড়াচান্দপুর এরিয়াদা অমুক চংখি; মদুদগী তুরেল অসি তুইবাই হায়না কৌদুনা অৱাংপাংনা চেনখৎলক্লুনা এরিয়াগী খা-নোংচুপ ঙমখৈ লেপলমলগা বরাক্কী ঈথেক্তা তাই। তুইবাই তুরেলনা লাক্লুনা তিল্লফম বরাক্কী ঈথেক অদুবু তুইবাই মুখতগী টিপাইমুখ হায়না কৌই।

মহৌশানা লৈরম্বা মীগী মনুংদা কুকি অমসুং খোৎলাং জাৎনা অথোইবনি; লোলগী মনুংদা খোংজাই লোন্না মরুওইনা চৎনৈ।

***মরুওইবা খুল*** - চুড়াচান্দপুর, সেনভোন, থানলোন, থানসিপ, খোংজাং, শোংচাল, নাকাল, কাইলম, হেংতম অমসুং সুমতুক অসিনচিংবা মরুওইবা খুল কয়ামরুম তিন্নদুনা চুড়াচান্দপুর এরিয়া শেমখি।

***চুড়াচান্দপুর*** - এরিয়া অসিনা মহকুমা ওইরিঙৈদা মফম অসি মহকুমাগী সদর ষ্টেশন ওইরমই; মসি ফুট ৩,৮১৩ ৱাংবা থেল অমগী মথক্তা লৈ।

*সেনভোন* - তুইবাই তুবেলগী নোংপোকথংবা তোর্ববান্দা লৈ। চুড়াচান্দপুব এবিযাগী মনুংদা লৈবা খাইদগী চাওবা খুল ময়ামগী মবক্তা অমনি। মসিগী নিংথৌদি শিংশোন কুর্কিনি, তৌইগুম্বসুং খুঞ্জাশিংদি অযাম্বনা খোৎলাংনি।

*থানসিপ* - এবিয়া অসিগী খা-নোংচুপ্তা লৈ। পাইটে কুর্কিশিংগী অতোপ্পা অচৌবা কুকি খুল অমনি। মসিগী নিংথৌ অদু যাম্না চাওবা শেম্বুং অমা লৈবগীদমক মমিং চৎলি; মদুগী মখোন্দি মাইল ২০ ফাওবা চৎপা গুমই হাযনৈ।

*খোংজাং* -খুল অসিগী নিংথৌদি ভুল্লেন কৌবা যাম্না ফাওবা কুকি অমনি; মশানা শিংশোর্নানি, তৌই গুম্বসুং মহাক্কী খুঞ্জাশিংদি অযাম্বনা খোৎলাংনি।

*শোংচাল* - থানলোনগী খা- নোংপোক্তা লৈবা অচৌবা পাইটে খুল অমনি।

*নাকাল* - এবিযা অসিগী অব্রাংদা ইবং তুবেলগী নোংপোক্তা লৈ; অচৌবা কুকি খুল অমনি, মসিগী মপুদি গাংটে জাৎনি।

*কাইলম* - কাইলাম চীংগী মনাক্তা লৈবা অচৌবা পাইটে খুল অমনি।

*হেংতম* হেংতম চীং লম্বেন্দা লৈবা মোনলুন কুকি খুল অমনি।

*সুমতুক* অচৌবা খোৎলাং কুকি খুল অমনি; মসিগী নিংথৌসু খোৎলাংনি। কুকি অতৈগা মান্নদে, মসিগী নিংথৌদি মপাগী মতুংদা মচানুপা অতোম্বনা ওই, মচানুপা অহলনা ওইদে।

## উখ্রুল সব-ডিভিসন

শোক ১৯৩০ গী মমাংদা উখ্রুল তোঙানবা মহকুমা অমা ওইনা লৈবমই; শোক ১৯৩০ গী মতুংদদি উখ্রুল, আযাপুবেল এবিযা অমসুং মোম্বি এবিযা অহুম অসি তিন্নদুনা মহকুমা অমা ওইনা শেমখ্রে অমসুং সব -ডিভিসনেল ওফিসাব অমগী মখাদা থমদুনা উখ্রুল মহকুমা হাযনা মমিং থোনখ্রে।

*ভমখৈ*- মহকুমা অসিগী অব্রাংদা কোহিমা, নোংপোক্তা ব্রহ্মদেশকী সোম্রা হাও, মৈতৈনা শমজোক কৌবা সোংসুপ নত্র গা নিংথী নিংথৌগী লৈবাক অমসুং কবো ভেলিনা মথং-মথং অব্রাংদগী খা ফাওবা শন্দোকখি; খাদা চীন চীংশাং, নোংচুপ্তা মণিপুব তম্পাক অমসুং মাও এবিযা লৈ।

*পাক চাওবা* - মহকুমা অসি মযুংদা খা-অব্রাংদা মাইল ১৪০, মবাক্তা নোংপোক-নোংচুপ্তা মাইল ৫০ ওইগনি; মসিনা খ্বাইদগী চাউবা মহকুমানি।

*শাসন* - লৈবাক ব্রাযেনবদা অমসুং খাজনা লৌখৎপদা খুদোংচানবগীদমক মহকুমা অসিবু অমুক অপিকপা শকক অহুমথোক্লা খাইবি:-(ক) উখ্রুল এবিয়া (খ) আয়াপুবেল এবিযা (গ) মোম্বি এবিযা। উখ্রুলনা মহকুমা অসিগী সদব ষ্টেশন্নি।

## (ক) উখ্রুল এরিয়া

***ঙমখৈ*** - এরিয়া অসিগী অৱাংদা কোহিমা, নোংপোক্তা ব্রহ্মদেশকী সোম্রা অমসুং সোংসুপ এরিয়া, খাদা আয়াপুরেল এরিয়া, নোংচুপ্তা মাও এরিয়া অমসুং মণিপুর তম্পাক লৈ।

***পাক চাউবা*** - এরিয়া অসি ময়ুংদা খা-অৱাংদা মাইল ৮০, মরাক্তা নোংপোক-নোংচুপ্তা মাইল ৫০ ওইগনি। মহৌশা লৈরম্বা মীশিংগী মনুংদা খোংজাই, তাংখুল অমসুং ঙামৈনা অথোইবনি; লোনসু খোংজাই অমসুং তাংখুলনা মরুওইনা চৎনৈ।

***চীং*** - মপিথেল চীংশাংনা উখ্রুল এরিয়াগী তুসেন খুন্দগী শন্দোরক্তুনা মহকুমা অসিগী নোংচুপ ঙমখৈ লেপলমলগা খাপাংনা মণিপুরগী খা লোইখম ফাওবা শন্দোকখি। চীঙাই চীংশাংনা উখ্রুল এরিয়াগী মথকলোমদগী খাপাংনা এরিয়া অসিগী ময়াইদা শিরোই চীং ফাওবা লাক্লগা নোংপোক অমসুং নোংচুপ্তা মশা কয়ামরুম লোংথোকখি। অৱাং নোংপোক্তা ব্রহ্মদেশ অমসুং এরিয়া অসিগী মরক্তা খয়ংবুংতোং চীংদোল এরিয়া অসিগী খ্বাইদগী ৱাংবা চীংদোলনি। এরিয়া অসিগী অৱাং নোংচুপ্তা চীংজারোই ফুট ৭২৬৮, মখারোমদা মকু চীংজাও ফুট ৭,৪১১ অমসুং খা-নোংচুপ ঙমখৈদা মপিথেল ফুট ৬,৭৩৯ ৱাংই। এরিয়া অসিগী খা-নোংপোক ঙমখৈদা কবো লমদা অঙ্গোচীংনা অৱাংদগী মখারোমদা শন্দোকখি।

***তুরেল*** - চলৌ তরেল শিরোই চীংজাওদগী শিরোই লোক অমসুং চমু তুরেল অনী তিন্নদুনা চলৌ তুরেল হায়না মমিং থোন্দুনা অৱাংপাংনা চেল্লকই; অৱাংলোমদা ভিরাতাই হায়না কৌদুনা টিজু তুরেন্দা তাই।

***লনিয়ার*** - শিরোই চীংজাওদগী লংদাংখোং অমসুং মেশাকু অনী তিন্নদুনা এরিয়া অসিগী অৱাং-নোংচুপ ঙমখৈ লেপলমলগা অৱাংদা রজর তুরেলগা তিন্নরগা মমাই নোংপোকপাংনা চেনখিদুনা টিজুদা তাই।

***টিজু*** - নাগা পাহাড়দগী হৌরকপা টিজু তুরেলনা মখাপাংনা লাক্নুনা মনিপুরগী অৱাংথংবা ঙমখৈদা চেল্লিবা রজর তুরেলগা তিন্নরগা মমাই নোংপোকপাংনা চেল্লি। যেশমী অঙ্গামী হাওখুলগী চীংখৈদা তুরেল অসিগা চলৌ তুরেলগা অমুক তিন্নদুনা কোহিমাদা চংখি। কোহিমাগী খা-নোংপোক ঙমখৈদা মসিবু তিহো নত্রগা নানতালৈক হায়না কৌদুনা য়াম্না পাকনা খাপাংনা চেল্লি অমসুং মৈতৈনা নিংথি কৌবা মথকথংবা চিনদ্বিন তুরেন্দা তাই।

***থৌবাল*** - উখ্রুল এরিয়াগী নোংচুপ ঙমখৈদা লৈবা হুইমী চীংদগী হৌরক্তুনা খাপাংনা চেল্লকই, লমখাংদা নুংশাংখোং তুরেল শিরোই চীংদগী হৌরক্তুনা তুরেল অসিদা তাই। থৌবাল তুরেল খাপাংনা উখ্রুল এরিয়া লাম্থোক্তুনা তম্পাক্তা চংখি।

***মাকলং*** - উখ্রুল মহকুমাগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা তুরেলনি। এরিয়াগী ময়াইদা লৈবা নুংঙৌ চীংদগী মাকলংখোং তুরেল অমসুং লম্বুই চীংদগী তুয়ুংবী তুরেল খাপাংনা লাক্তুনা সর্ব্বুং খুলগী মখাদা তিন্নরগা মাকলং তুরেল হায়না কৌদুনা খা-নোংচুপ ঙমখৈ ফাওদোকখিদুনা ব্রহ্মদেশকী সোংসুপ এরিয়াদা চংখি। সোংসুপ এরিয়াদা তুরেল অসিবু য়ু তুরেল হায়না খঙনৈ। এরিয়া অসিদা অৱাংলোমদগী চেল্লকপা নমিয়া তুরেল অমসুং উখ্রুল এরিয়াদগী থোরকপা নান্টালেৎ তুরেল য়ু তুরেন্দা তাই। মফম অসিদগী য়ু তুরেল য়াম্না পাকনা খাপাংনা চেনখিদুনা কবো তম্পাক্তা চংখি; কবোগী লমদমদা মণিপুরগী চীংদগী হৌরকপা তুরেল মশা কয়ামরুমগা

K O H I M A

**MANIPUR STATE**

**Ukhrul Sub-Division**




KHRASOM
LUCHAI
CHINGAI RANGE
Marenphung

CACHAR

U K H R U L

SOMRA
TRACT
HSAWNG
HSUP

UKHRUL
HUNDUNG
KHANGKHUI
A R E A
CHASSAT
TUYANGBI ROAD
TELP ANGE

AYANG PUREL
MAPHI
KHOIBU
KHUDEI
KHULEN
SITACHINGJAO
LAIMATOL
HILL

IMPHAL
( Valley )

SILCHAR

PHIRAN
KHULEN

KABAW VALLEY

CHAKPI ROAD
MOMBI

MOM BI
AR EA

AIJAL

AIJAL CHIN HILLS

চিন্নরগা নোংপোকপাংনা চেনখিদুনা মাওলৈক এরিয়াদা চিনদ্বিনদা তাই।

*জোজো* - খুনৌখোং নত্রগা নম্বলমলোক শিরোই চীংদগী হৌরক্তুনা অঙ্গো চীংগী নোংচুপ্তা সনালোক্কা চিন্নরগা জোজো তুরেল হায়না মমিং থোন্দুনা ঈরম চাউনা ব্রহ্মদেশতা চংখিদুনা সোম্রা এরিয়া অমসুং অঙ্গো চীংগী মরক্তা চেল্লি। ব্রহ্মদেশকী ঙমখৈদা তুরেল অসিবু নমপঙা হায়না থোন্দুনা অঙ্গো চীংগী অন্নাং ঙমখৈদগী ঈরম খাপাংনা থেকখিদুনা চিনদ্বিনদা তাই।

*মরুওইবা খুল* - উখ্রুল, হুন্দুং, নুংবী, মরেমফুং, লুচাই, চলৌ, চীংজারোই, খরসোম, ফুন্ত্রেৎযেশমী, খাংখুই অসিনচিংবা মরুওইবা খুল কয়ামরুম তিন্নদুনা উখ্রুল এরিয়া শেমখি।

*উখ্রুল* - মহকুমাগী সদর ষ্টেশন্নি। এরিয়া অসিগী ময়াই ওইনা ফুট ৬,১৪৭ ৱাংবা থেল অমগী মথক্তা লৈ। খুল অসিগী খুল্লাকপনা খুল কয়ামরুমগী মকোকনি।

*খাংখুই* - উখ্রুলগী খা-নোংপোক ওইনা লৈ। খুল অসিগী মনাক্তা নুংগী যুগকী মীশিংনা লৈরমফম শুরুং লৈ।

*হুন্দুং* - উখ্রুলগী খা-নোংচুপ্তা লৈ,য়াম্না চাউবা খুল অমনি। খুল অসিগী খুল্লাকপনা তাংখুলগী মরক্তা মকোক অমনি।

*শোকপাও অমসুং লম্বুই* - উখ্রুল চৎপা লম্বীদা লৈ। ইম্ফালদগী শোকপাও মাইল ২৮ অদুগা লম্বুই মাইল ৩২ লাপ্লি। মফমশিং অসিদা শুনুগী চীং লৈ।

*নুংবী* -উখ্রুলগী অন্নাং-নোংপোক্তা (খুলেনগা খুনৌগা পুল্লগা)লৈ। মফম অসিদা চফু শাই অমসুং চফুগী কারবার য়াম্না নিংথিনা তৌই।

*মরেম্ফুং* - চীংঙাই চীংগী নোংচুপ্তা লৈ; মফম অসিদা থুমখোং অমা লৈ।

*লুচাই* - চীংজারোইগী মনাক্তা লৈ; মফম অসিদা থুমগী ঈফুৎ অমা লৈ।

*চীংজারোই* - এরিয়া অসিগী অন্নাংদা লৈ। খুল অসিগী মীদি তাংখুলনি হায়ববু তাংখুল অতৈগা লোল অমসুং চৎনবী মান্নদে; মাও ঙামৈগী হৌনবীগা খর মান্নে। খুল অসিগী খুল্লাকপগী থবক য়াম্না লুই, মহাক্না খুল্লানবদা মখোয়গী হৌনবী মতুংইন্না খুলশিং অদুদা চাবা থকপা য়াদে।

*খরসোম* - চীংজারোইগী অন্নাংদা লৈ; খুল অসিদা থুমখোং লৈ; মফম অসিগী মীনা থুম শুংই।

*ফুন্ত্রেৎ যেশমী* - এরিয়া অসিগী অন্নাং ইথং থংবদা লৈবা অচৌবা খুলনি; খুল অসিগী মীদি ঙামৈনি।

*চলৌ* - চলৌ তুরেলগী নোংপোক তোর্ববান্দা লৈ; মফম অসিদা থুমখোং লৈ।

### (খ) আয়াপুরেল এরিয়া অমসুং মোম্বি এরিয়া

*ঙমখৈ* - এরিয়া অনী অসি পুল্লগা মসিগী অন্নাংদা উখ্রুল এরিয়া নোংপোক্তা কবো তম্পাক, খাদা চীন চীংশাং নোংচুপ্তা চুড়াচান্দপুর এরিয়া অমসুং মণিপুর তম্পাক্কী মখাথংবা শরুক লৈ।

*আয়াপুরেল এরিয়া* - অৱাংদা তরেৎ তুরেলদগী মখাদা ব্রহ্মলম্বী ফাওবদা লৈরিবা লম অসিবু আয়াপুরেল এরিয়া কৌই।

*মোম্বি এরিয়া* - ব্রহ্মলম্বীদগী মখাদা খা লোইখম ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা লম অসিবু মোম্বি এরিয়া কৌই।

অরিবা উখ্রুল সব-ডিভিসনদা অরিবা সদর হিল সব-ডিভিসনগী আয়াপুয়েল অমসুং মোম্বি এরিয়া লৌশিন্দুনা অনৌবা উখ্রুল সব-ডিভিসন শেমখি।

*পাক চাওবা* - এরিয়া অনী অসি পুল্লগা ময়ুংদা খা-অৱাংদা মাইল ৬০, মরাক্তা নোংপোক-নোংচুপ্তা মাইল ৩০ ওইগনি।

*চীং* - উখ্রুল এরিয়াদগী হৌরকপা মপিথেল চীংশাংনা খাপাংনা লাক্লুনা চীন চীংশাং ফাওবা শন্দোকখি। মসিগী অৱাংথংবা শরুক্তা সনাচীং ফুট ৫,৮৬০, অদুদগী উশোইচীং ফুট ৬,৩৪২ অমসুং মখাথংবদা লুংপোনচীং ফুট ৫,৭৮৩ ৱাংই। মোম্বিগী মনাক্তা গম্বেৎলাং খ্বাইদগী ৱাংবা চীংনি, ফুট ৬,৬৬১ ৱাংই; মোম্বিগী মখাদা নুংচীং ফুট ৬,৪৬৩ ৱাংই। সীতা চীংজাওগী মোইরাং লাইজিদা লাইমতোল চীংনা খা-অৱাংদা শন্দোকখি। এরিয়াগী নোংপোক্তা লৈবা য়াঙৌপোকপী, লাইচীং, জিলহাং অনেম্বা চীংনি। চীংশিং অসিদা নুং অশংবা য়াম্না ফংই।

*তুরেল* - লোকচাও তুরেল লৈতান কুকি অমসুং চমোল কুকি চীংদগী ঈরম মচা মচা ওইনা লাক্লুনা ঈরম ময়াম অসি লমখাংদা পুল্লগা লোকচাও তুরেল হায়না কৌদুনা খা-নোংপোকপাংনা চেনখি।লারোংখুনৌ অমসুং চলোং নাগাচীংদগী ঈরম মচা কয়া মরুম নোংপোকপাংনা চেল্লক্লুনা লমখাংদা তিন্নরগা তুতালোক হায়না কৌদুনা লোকচাও তুরেলগা তিন্নে। লোকচাও তুরেল লাইচীংদগী কবো তম্পাক্তা চংখি। তুরেল অসি তুমু য়ৌরমদাইদা মশা অনীথোক্না খাইদোকখিদুনা তুমুগী অৱাং অমসুং খা পাংনা চেনখ্রগা অমুকহন্না মশা অনীসি তুমুগী নোংপোক ঙমখৈদা তিন্নরগা য়ু তুরেন্দা তাই। তরেৎ তুরেল সনাচীংগী মথক্তগী হৌরক্লগা খা-নোংপোকপাংনা চেল্লক্লুনা সীতা অমসুং গোমীচীংদগী হৌরকপা নুংচংওলোক্কা তিন্নরগা কবো তম্পাক্তা নান্টালেৎ য়ু তুরেন্দা তাই।

*চকপী* - লাইমতোল চীংদগী হৌরক্লুনা খা-নোংচুপ পাংনা চেল্লগা খুবুং খুনৌ য়ৌবদা নুংতুয়াংগা তিন্নদুনা অৱাংপাংনা চেল্লক্লগা তুয়াং নত্রগা ইঙান তুরেলগা অমুক তিন্নরগা শুগনুগী মখাদা ইম্ফাল তুরেলদা তাই।

*মরুওইবা খুল* - এরিয়া অসিগী মনুংদা মোম্বি,লোংজা, খোংগাং, ফিরান খুলেন অমসুং অনাল খুলেন খুল খর অসিনা অথোইবনি।

*সীতাপাবোই* - সীতা চীংজাওদা লৈ।

*খোইবু মরিং* - খোইবু মরিং আয়াপুরেল এরিয়াগী অৱাংদা লৈ। মসি মরিং খুল অমনি। মৈতে নিংথৌশিংনা ঈরাৎফম লাইফম অমা লৈ। মৈতে ময়েক্লা ইবা নুংসু লৈ।

*খুদৈ খুলেন* - সীতা চীংজাওগী মনাক্তা লৈবা অচৌবা মরিং খুল অমনি। খুল অসিগী লমদা জিংবা

অমসুং থাবা নত্তনা চা য়াম্না হৌই, মফম অসিদগী চা মরু লৌদুনা আসামদা য়োল্লি।

*মোম্বি* - মোম্বী এরিয়াগী মনুংদা লৈবা খ্বাইদগী চাওবা কুকি খুল অমনি।

*লোংজা* - খুলদি য়াম্না পিকই তৌইগুম্বসুং লমদি মরাংকাইনা লৈ। মসিগী নিংথৌদি মাংবুং কুকিশিংগী শিবানি।

*খোংগাং* - মোম্বি এরিয়াগী নোংপোক্তা লৈ। মাংবুং কুকি খুল অমনি, মসিবু খোংগাং শওমপা হায়নসু খঙনৈ।

*ফিরান খুলেন* - উশোই চীংগী মনাক্তা লৈ; অনাল খুলশিংগী মনুংদা অচৌবা খুল অমনি।

*অনাল খুলেন* - চকপী তুরেল মপান্দা লৈ; মসি খ্বইদগী চাউবা অনাল খুল অমনি।

মহৌশা লৈরম্বা মীশিংগী মনুংদা কুকি, মরিং, অনাল, লমকাংনা অথোইবনি।

## (৩) সদর সব-ডিভিসন

উখ্রুল সব-ডিভিসন, তমেংলোং সব-ডিভিসন অনী অসি লৌথোকখ্রগা লেমহৌবিবা তম্পাক্কী অকোইবদা উবিবা চীং পুম্নমক, মাও অমসুং মবাম এরিয়াগা পুল্লগা সদব সব-ডিভিসন হায়না অনৌবা মহকুমা অমা শেমলে। মহকুমা অসিগী মনুংদা মাও অমসুং মরাম এরিয়ানা অথোইবনি। ইম্ফালনা মহকুমা অসিগী সদব ষ্টেশন্নি।

## মাও অমসুং মরাম এরিয়া

*ঙমখৈ* - এরিয়া অসিগী অব্রাংদা কোহিমা, নোংপোক্তা উখ্রুল এরিয়া, নোংচুপ্তা তমেংলোং এরিয়া অমসুং মণিপুর তম্পাক লৈ।

*পাক চাউবা* - এবিয়া অসিগী অব্রাংদা খ্বাইদগী শাংবা মফমদা মাইল ৪০, মরাক্তা খ্বাইদগী পাকপা মফমদা মাইল ৪০ ওইগনি।

*মাও* - মাও হায়বা অসি অচুম্বা খুল নত্তে, মণিপুরীশিংনা থোনখিবনি। শোংশাং, কালিনামৈ, পুদুনামৈ, পুনানামৈ, রবুনামৈ অচৌবা খুল মঙা অসিনা মাও হায়না খঙনরিবা খুল অসি শাখিবনি।মহৌশা লৈরম্বা মীগী মনুংদা ঙামৈ কৌবা হাও জাৎ অদুনা অথোইবনি; মখোয়গী মরুওইবা লোলসু ঙামৈ লোন্নি। মাও ঙামৈগী লোলনা কোহিমাগী অঙ্গামী (ঙামৈ) গী লোন্দগী তোঙাল্লি।

*চীং* - এরিয়া অসিগী নোংপোক্তা উনিংথৌ চীংশাংনা অব্রাং-নোংপোকলোমদগী মখারোমদা শন্দোকখি। মসিগী অব্রাংদা মাও শোংশোংগী নোংচুপ্তা টেনিপু নত্রগা ইশো মণিপুরগী মনুংদা খ্বাইদগী ৱাংবা চীংদোন্নি; মসি ফুট ৯,৮২৪ ৱাংই। টেনিপু চীংদোলগী মখাদা ইশো চীংদোল ফুট ৮,১৯৫ অমসুং উনিংথৌ চীংশাংদা শোর্ববুংগী মনাক্তা লৈশান চীংদোল ফুট ৭,৪১৬ ৱাংই।

*তুরেল* - ববাক তুবেল এরিয়া অসিগী ময়াইথংবা শরুক্তগী হৌরক্নুনা নোংচুপপাংনা চেল্লকগা তমেংলোং এবিয়াদা চংখি।ইরিল তুরেল এবিয়া অসিগী নোংপোকথংবা শরুক্তগী হৌরক্নুনা মমাই খাপাংনা চেল্লকগা তম্পাক্কী লমদমদা চংখি।

*চীং লম্বী* - এরিয়া অসিগী ময়াই ফাওনা চৎখিবা ডিমাপুর লম্বীনা অথোইবনি। মাওদগী চীংলম্বী অমসু নোংপোকপাংনা চৎখিদুনা উখ্রুল সদর য়ৌখি।

*মরুওইবা খুল* - মাও থানা, মখেল মথ্রেমৈ, মরাম, কাংপোকপী, ওইনাম, পুরুল অসিনচিংবা খুল কয়ামকমনা এরিয়া অসিগী অথোইবা খুলনি।

*মাও থানা* - মণিপুরগী অৱাং ইথং থংবা ঙমখৈদা লৈ। মসিনা মণিপুরগী অৱাংথংবা সীমানানি। ফুট ৫,৯২৪ ৱাংবা থেল অমগী মথক্তা লৈ।

*মখেল মথ্রেমৈ* - মাও থানাগী মখাদা লৈ। খুল অসি মাও ঙামৈ পুন্নমক্কী হৌফম্নি। মাও ঙামৈ পুন্নমক মখেল মথ্রেমৈ ঙামৈগী মচা মশুনি হায়। খুল অসিগী ঙামৈগী খুল্লাকপনা অহানবদা ফৌ লিংবা হৌরগা মতুংদা খুল অতৈসু লিংই।

*পুদুনামৈ* - মাও শেমখিবা খুল মঙাদুগী মনুংদগী অমনি। লাইরোনগী মতুংইন্না মখেল খুল্লাকপগী মথংদা খুল অসিগী খুল্লাকপা লৈ।

*মরাম* - ইম্ফালদগী মাইল ৫৪ লাপ্লি; ডিমাপুর লম্বীগী মনাক ওইনা লৈ।

*কাংপোকপী* - ডিমাপুর লম্বীদা ইম্ফালদগী মাইল ২৮ লাপ্না লৈ।

*পুরুল* -উনিংথৌ চীংশাংগী নোংচুপ ওইনা লৈ। মাও কাংলুপকী খুল অমনি। মখোয়গী ঈশিংলৌগী লৌবুক্তি খুলগা যাম্না নকনা লৈ।

*ওইনাম* - উনিংথৌ চীংশাংগী মনাক্তা পুরুলদগী মখারোমদা মাইল ২ রোম লাপনা লৈ। খুল অসিগী খুঙ্গাশিংনা চফু শাই। ওইনাম লোলগা পুরুল লোলগা মান্নদে।

## মরুওইবা চীং লম্বী

১। **ইম্ফাল- পল্লেন:**- ইম্ফালদগী খা- নোংপোকলোমদা পল্লেন ফাওবা শোরোক অমা লাকই. মাইল ২৮ শাংই অমসুং মোটব চৎপা য়াই।

২। **পল্লেন-তুমু:**- পল্লেন্দগী শোরোক অমা চীংনুংদা তুমু ফাওবা লাকই। মসি মাইল ৩৪ শাংই।

৩। তুমু-সিটতাং( নিংথি তোর্ববান):- তুমুদগী য়ু তুরেল লাল্লগা অঙ্গো চীং কাখৎলি। চীংনুংদা মাইল ২৪ চৎলগা নিংথি তোর্ববান ফংই। নিংথি তুরেন্দগী জহাজ তোংদুনা চৎনিং-চৎনিংবা মফমদা চৎখিবা য়াই। তুমুদগী সিটতাং মাইল ৩৮ লাপই।

৪। **ইম্ফাল-শুগনু:**- ইম্ফালদগী মখারোমদা শুগনু ফাওবা মোটর লম্বী অমা লাকই; মসি মাইল ৪০ শাংই।

৫। **শুগনু-মোম্বি:-** শুগনুদগী চীংনুংদা মোম্বি ফাওবা লম্বী অমা লাকই; মোম্বিদগী অমুক লম্বী অমা খাপাংনা লাক্লুনা মণিপুরগী খা লোইখমদা লৈবা য়াংদুং ফাওবা লাকই।

৬। **য়াংদুং-টিডিম:-** য়াংদুংদগী লম্বী অমা চীন চীংশাংদা চংখি অমসুং ইম্ফাল তুরেলগী নোংপোকথংবা তোর্ববান মতুংইন্না লাক্লুনা টিডিম য়ৌখি। মসি মাইল ৪৫ শাংই।

৭। **টিডিম-ফালাম-কালেমিয়ো-:** টিডিমদগী খা-নোংপোকলোমদা ফোর্ট হৱাইট (Fort White) য়ৌখি; ফোর্ট হৱাইটতগী লম্বী মশা অমা নোংপোকলোমদা কালেমিয়ো অমসুং অতোপ্পা মশা অমনা মখারোমদা ফালাম য়ৌখি।

৮। **উখুল- মোম্বি-:** উখুলদগী লাকপা লম্বী অমনা আয়াপুরেল লাম্থোক্লুনা সীতা ফংই; অদুদগী মোম্বি য়ৌই।

৯। **ইম্ফাল-য়াঙৌপোকপী-:** ইম্ফালদগী হৈরোক, হৈরোক্তগী সীতা, সীতাদগী য়াঙৌপোকপী ফাওবা লম্বী অমা লাকই।

## নীংখা তম্লবা মতুংগী লৈঙাক শাসন

ভাবতনা নীংখা তম্লকপগা লোযননা ১৯৪৯ ইংগী ওক্তোবরগী তাং ১৫ দা মণিপুর ভারত্তা পুল্লে। ভাবত্তা পুনশিল্লবা মতমদা মণিপুব অসি শরুক কয়া খাইদোক্তুনা লৈঙাক শাসন তৌরকই। ভারত সরকারনা থারকপা চিফ কমিশনার অমনা লৈবাক অসি ঙাকই। ১৯৫০ ইং জনুয়ারীগী তাং ১৮ দগী মণিপুব অসি সব-ডিভিসন ৮ থোক্লা খাইদোকখি। মদুদি :-

(১) ইম্ফাল নোংপোক সব-ডিভিসন (২) ইম্ফাল নোংচুপ সব-ডিভিসন (৩) বিষ্ণুপুর সব-ডিভিসন (৪)থৌবাল সব-ডিভিসন (৫) উখ্রুল সব-ডিভিসন (৬) তমেংলোং সব-ডিভিসন (৭) চডাচান্দপুর সব-ডিভিসন (৮) জিরিবাম সব-ডিভিসননি। মসিদা নত্তনা চীংগী লমদা সার্কল অহুমসু লৈ। মদুদি :- (১) মাও সার্কল (২) সদর সার্কল (৩) তেংনৌপল সার্কলনি। মতম মতমগী খুদোংচাবা য়েংলগা চীং অমসুং তমগী শরুক অসি হোংদোক হোংজিন তৌবসু য়াওই।

## ইম্ফাল নোংপোক সব - ডিভিসন

*ঙমখৈ* - ইম্ফাল নোংপোক সব-ডিভিসনগী অৱাংদা সদর সার্কল, নোংপোক্তা উখ্রুল সব- ডিভিসন, খাদা থৌবাল সব- ডিভিসন অমসুং নোংচুপ্তা ইম্ফাল নোংচুপ সব-ডিভিসন লৈ।

*পাক চাউবা* - সব-ডিভিসন অসিগী পাক চাওবা চাওরাক্লা বর্গ মাইল ১৩১ নি। সব-ডিভিসন ৪ গী মনুংদা খ্বাইদগী পিকপা সব -ডিভিসননি। সব-ডিভিসন অসিদা খুল ১৭২ লৈ।

*মমিং চৎপা মফম* - লাংথবাল, লিলোং, শওম্বুং, লম্লাই, পুখাও, কোংবা অমসুং অন্দ্রোনচিংবনি।

## ইম্ফাল নোংচুপ সব-ডিভিসন

*ঙমখৈ* - ইম্ফাল নোংচুপ সব - ডিভিসনগী অৱাংদা সদর চীং সার্কল, নোংপোক্তা ইম্ফাল নোংপোক সব-ডিভিসন, খাদা বিষ্ণুপুব সব-ডিভিসন অমসুং নোংচুপ্তা সদর সার্কল অমসুং বিষ্ণুপুর সব-ডিভিসন লৈ।

*পাক চাউবা* - সব ডিভিসন অসিগী পাক চাওবা চাওরাক্লা বর্গ মাইল ১৬১ নি। সব-ডিভিসন অসিদা খুল ১৭৬ লৈ। লৈবাক ঙাকপগী মতুংইন্না মসিনা খ্বাইদগী মরুওইবা সব-ডিভিসননি।

*মমিং চৎপা মফম* - ইম্ফাল, অৱাং সেকমাই, কাংপোকপী, খুরখুল, কৌদ্রুক, লমশাং, কাংচুপ, চকপা-ফয়েং, মাকলং, লৈমপোকপম, ৱাঙ্গোই, নম্বোল, ময়াং ইম্ফাল অসিনচিংবনি।

## থৌবাল সব-ডিভিসন

*ঙমখৈ* - থৌবাল সব-ডিভিসনগী অৱাংদা ইম্ফাল নোংপোক সব-ডিভিসন, নোংপোক্তা উখ্রুল সব-ডিভিসন অমসুং তেংনৌপল সার্কল অমসুং নোংচুপ্তা ইম্ফাল নোংচুপ সব-ডিভিসন অমসুং বিষ্ণুপুর সব-ডিভিসন লৈ।

*পাক চাওবা*- সব-ডিভিসন অসিগী পাকচাওবা চাওরাক্লা বর্গ মাইল ২০০ নি। সব-ডিভিসন ৪ গী মনুংদা খ্বাইদগী চাওবা সব-ডিভিসন্নি। সব-ডিভিসন অসিদা খুল ১২৮ লৈ।

*মমিং চৎপা মফম* - থৌবাল, যাইরিপোক, কাইনা,অথোকপম,খোংজোম, ইবেংবন, ককচিং, পল্লেন, ৱাইখোং অমসুং শুগনুনচিংবনি।

## বিষ্ণুপুর সব-ডিভিসন

*ঙমখৈ* - বিষ্ণুপুর সব-ডিভিসনগী অৱাংদা ইম্ফাল নোংচুপ সব-ডিভিসন, নোংপোক্তা থৌবাল সব-ডিভিসন, খাদা চুড়াচান্দপুর সব-ডিভিসন অমসুং নোংচুপ্তা তমেংলোং সব-ডিভিসন লৈ।

*পাক চাওবা* - সব-ডিভিসন অসিগী পাক চাওবা চাওরাক্লা বর্গ মাইল ১৯৬ নি। সব-ডিভিসন ৪ গী মনুংদা পাক চাওবদা থৌবাল সব-ডিভিসনগী মথংদা বিষ্ণুপুর সব-ডিভিসননি। সব-ডিভিসন অসিদা খুল ৬১ লৈ।

*মমিং চৎপা মফম* - বিষ্ণুপুর, নিংথৌখোং, মোইরাং, খোইরেন্তাক, ঙাংখলৱাই, কুম্বী, কাক্তা অসিনচিংবনি।

## উখ্রুল সব-ডিভিসন

চাসাদ, চোইথর, উখ্রুল, হুন্দুং, শাংশক, লম্লাং, ৱাফেনচিংবা খুলশিং অসি পুল্লগা উখ্রুল সব-ডিভিসন শেমই।

*ঙমখৈ* - সব-ডিভিসন অসিগী অৱাংদা নাগা চীং-টুয়েনশাং, নোংপোক্তা ব্রহ্মদেশ, খাদা থৌবাল সব-ডিভিসন লৈ।

*পাক চাউবা* - সব-ডিভিসন অসিগী পাক চাওবা চাওরাক্লা বর্গ মাইল ১৮৩২ নি। মসিনা চীংগী সব-ডিভিসন ৪ গী মনুংদা খ্বাইদগী চাওবা সব-ডিভিসননি। সব-ডিভিসন অসিদা খুল ২৩১ লৈ।

## তমেংলোং সব-ডিভিসন

*ওমথৈ* - সব-ডিভিসন অসিগী অৱাংদা নাগা চীং-টুয়েনশাং, নোংপোক্তা ইম্ফাল নোংচুপ সব-ডিভিসন অমসুং থৌবাল সব-ডিভিসন, খাদা চুড়াচান্দপুর সব-ডিভিসন অমসুং নোংচুপ্তা কাছাড় জিলা লৈ।

*পাক চাউবা* - সব-ডিভিসন অসিগী পাকচাওবা চাওরাক্লা বর্গ মাইল ১৭৭২ নি। পাক চাওবদা উখুল সব-ডিভিসনগী মথংদা তমেংলোং সব-ডিভিসননি। সব-ডিভিসন অসিদা খুল ১৯৫ লৈ।

## চুড়াচান্দপুর সব-ডিভিসন

*ওমথৈ*- সব-ডিভিসন অসিগী অৱাংদা তমেংলোং সব-ডিভিসন, নোংপোক্তা থৌবাল সব-ডিভিসন, খাদা লুশাই অমসুং চীন চীংশাং অমসুং নোংচুপ্তা কাছাড় জিলা লৈ।

*পাক চাউবা* - সব-ডিভিসন অসিগী পাক চাওবা বর্গ মাইল ১৭৪৮নি। সব-ডিভিসন অসিদা চীংগী খুল ২৯১ লৈ।

## জিরিবাম সব-ডিভিসন

জিরিবাম, কালীনগর, বাবুপাড়া, লম্বাসডক, ডিবোং, পাৎচাউ, ইসলামবাদ, চম্পানগর, বাঘখাল, ছনাপুর,লালপানী, অগ্লাপুর, যারোলপোকপী, মুল্লারগাও, কাশীমপুর, আহমাদাবাদ, বেরাবাক, নুংফৌ, লাটিংখাল, বাইবনী,ছোটবেক্রো, ভুটাংখাল, যাত্রাপুর, বড়বেক্রা, যৌকরাঢড়, শিবপুরিখালনচিংবা মরুওইবা খুলশিং অসি পুল্লগা জিরিবাম সব-ডিভিসন শেমই।

*পাক চাউবা* - সব-ডিভিসন অসিগী পাক-চাওবা চাওরাক্লা বর্গ মাইল ২৬৪ নি। সব-ডিভিসন মরিসীগী মনুংদা মসিনা খ্বাইদগী পীকপা সব-ডিভিসননি। সব-ডিভিসন অসিদা খুল ৯৭ খক লৈ।

## চীংগী সার্কল

*মাও সার্কল* - পাক চাউবা চাউরাক্লা বর্গ মাইল ৬৯৮ নি। সার্কল অসিদা খুল ৮৩ লৈ।

*সদর সার্কল* - তম্পাক্তা লৈবা চীংগী খুল মচা মচা ময়াম অসি পুল্লগা সদর সার্কল শেমই। পাক চাউবা চাওরাক্লা বর্গ মাইল ২৮৪ নি। সার্কল অসিদা খুল ২৪৩ লৈ। খুলশিংগী মনুংদা-লাইকোই চীং, থয়োং, শন্দং শেম্বা, লেম্বাখুল, পোইরৌতোংবা, ফুনাল মরিং, চীংখম, কামুখরং, কামুচীং, শাইচীং, ককচিং মান্তক, চবোই পান্দোংবা, খারম পল্লেন, সাইতু, লাংকা, মপাও, শোংবেম, মকেংচাইনবা, থাঙ্গাল শুরুং, মোত্বুং, ময়াংখাং অমসুং মাওহিংনা অথোইবনি।

*তেংনৌপল সার্কল* - পাক চাউবা চাওরাক্লা বর্গ মাইল ১৩৫২ নি। মসিদা থৌবাল সব-ডিভিসনগী চীং যাওরে। সার্কল অসি খুল ২০২ লৈ।



উখ্রুল সব - ডিবিজন
মা ও সার্কেল
সদর চীং
ইম্ফাল
উখ্রুল
তেংনৌপল সার্কেল
ব্রম্মা দেশ
সোম্রালম
চিংজারোই
শিরোই
লিতান
লম্বুই
শোকপাও
ফাইশাং
কাশোম
চাশাদ

# তমেংলোং সব - ডিবিজন

সব ডিবিজন খায়বা লৈই
মরুওইবা খোঙ লম্বী উংপা
মরুওইদবা খোঙ লম্বী উংপা
সব ডিবিজনগী ময়োল ওইবা




নাগা চীং
মাও সার্কেল
বরাক তুরেল
থিংদোর্ল চীং
মাঙলোং
তৌসেম খুলেন
ফেলোং
কুইলোং
তুয়াং ম্রাই চোং
তমমা
কাংপোকপী
কাছার জিলা
তমেংলোং
অতেংবা
খেবুচীং
অখুই
লুখম্বী
হাওচোং
কাংচুপ
খুলেন
মরাংচীং
ইম্ফাল
ওইনামলোং
নুংবা
নুংনাং
লোইচীং
লংগাইরোং
থাঙাল
মুক্তি খুলেন
লংগাইরোং খুনৌ
তাইরেনপোকপী
জিরিবাম সব-ডিবিজন
বিষ্ণুপুর সব ডিবিজন
চুড়াচান্দপুর সব-ডিবিজন

# চুড়াচান্দপুর সব ডিবিজন

মরু ওইবা লম্বী 

খোংলম্বী 


N
E
জিরিঘাট
বিদ্যানগর
দিবোং
চীংদোং
কাছার
জিলা
তিংমুন
ছোটাবেকরা
চিংমুন
সাইখুলফাই
ভুটাংখাল
বড়াবেকরা
তুইতেংমন
জাকুরাধর
সুরাংফুমন
বোংবাং
শিবপুরীখাল
ভুরাখাল
ফাইবোক
ভুরখাল
খাখুপ্লিয়ান
জেখান
কাংগ্রেংধর
কাংগ্রেং
তোলবুং
দাইলোন
থিংপুইকোল
পাংপুইমুন
তাইথু
খোংজাং
তিংশোং
সারতুইনেক
পারবুং
ফেরজোল
টিপাইমুখ
ওইনামলোং
নুংবা
কম্বীরোন
কাইমা
মুক্তি
মুক্তি খুলেন
লোংথাইফুন
শেকজাং
চোংমুন
গেলোন
ফাইখোলুম
নকাল
থংনাংবু
শোংশাং
শোংপেকমুন
পমজাল
জিরিবাম সব -ডিবিজন
সব -ডিবিজন খায়বা
তুরেল উংগো লৈই
মরুওইবা লম্বী

*মহকুমা নত্রগা সব-ডিভিসন* - জিলা অমা ব্রায়েনবদা অমসুং খাজানা লৌখৎপদা খুদোংচানবগীদমক চাওবাক্লা খাইদোকপা শরুক অদুবু মহকুমা নত্রগা সব-ডিভিসন কৌই। মহকুমাগী ব্রায়েনবা মপুবু সব-ডিভিসনেল অফিসার কৌই। মহকুমাগী মপুনা লৈরিবা মফম অদুবু সদর ষ্টেসন কৌই।

*মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং :-*


১। লোয়ুম্বা শিনয়েন

২। চৈথারোল কুম্বাবা

৩। ভুগোল অহানবা , লাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহ (1949, 3rd Edition)

৪। ভুগোল অহানবা, রাজকুমার গোপালসিং বি.এ. বি.টি. (1963, 3rd Edition)

## অকামপাৎ

নিংথৌ ককশুবগী মচা তোনকোনবনা পানবা মতমদা চানবা থক্লবা য়েনলম মশাংথিবদা লাইনা থাবা মোর্বাশ থাংম্নি ফৌবু ফংযে। লৈবাক মীযাম হবাওনৈএ। থাংযি ফৌবম অসি ফংবা মফমদি অকামপাৎ ও থোন্নৈএ। অকামপাৎ কৌর্বাদি কদৌনোংগীনো থাংযি মাবু ফংনবা তাইবং মীযাম্না মুন্নববদা লাইনিংথৌ পাখংবনা কোম ইফুৎনুংদগাকামনা কামনা থোক্লকএ মীযাম কাযদুনা চেন্নযে । অদুনোংগীবু লমলেন অকামপাৎ ও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌ কাঙবরোন)*

## অঙাইপুঙ

খোঙজোমনুপা খোযনৌ মতা তকুকমনা লোইপী মাখন অমাতা মামাল মাচা হাওকু পাখংপা আতাম শোযবৌপাচা হুয়ওকতিকপা তকুকমাপু লৈঙামযে। অতুনোংকিপু হেমপা চিঙশাংখুল লোইপী অঙাইপুঙও তৌনা কৌযে।

*(খোংজোমনুপী নোংকারোল)*

*খোংজোমনুপী মতা তকক্কী মমিংদি - (১) লুবাং পুঙ্গিবা চনু (২) খোমথোক মাবৈমাবা চনু (৩) তোংচেং নুরাবী (৪) ইংঙেন নুবাবী (৫) ঙালনুবোল লৌশিকাম চনু (৬) লুরাং পুতাংখোয খুৎখোইবা চনু লৈমা য়াংদৌ অতাওবী কৌই।*

*হাওকু পাখং তকক্কী মমিংদি - (১) হাওকু হুযওকরানবা (২) অতাম শোযশেনবা (৩) মুইযিম যাইশিঙলোয (৪) হাওকু পাখং  (৫) হাওকুগী মচা হুযযু ওকরানবা (৬) হাওকুলুফুইনাপ কৌই।*

*খোংজোমনুবী মতা তককনা চীংগী মফম অমদা লাকপদা মখোযগী মপুবোইবা হাওকু পাখং তককপু ঙাইদুনা লৈরম্মী। নুমিৎ অদুদগী চীংশাং অদুদা তাবা খুলবু অঙাইপুঙ কৌনখি।*

## অঙাম

চীংখোঙ পোইবৈতোন্না চীংবুবোই তম্বু কে লনা খুনথিবকপদা । তাঙজ লিল্লাথিনা মালেম লৈখুলনুংদা চঙখিববু অঙাংনা ঙামনা য়েংলমযে অঙাম-ও কৌয়ে। *( পোইরৈতোন খুন্থোক)*

*পম্মীংশোন*

## অঙোম খোং

গরিবনিৱাজ মহাৰাজনা অঙোম চন্দ্রমনি সেল্লুংববু চিংহন্দুনা পেচিগী চীংলক হোগাইদুনা ইঙৌরোক্কী ইশিংবু সেলোংবা লমযাইদা তাহল্লে। খোং মমিংদি অঙোমনা চিংনা তৌয়ে হায়বগী অঙোম খোং কৌয়ে।

*(চকপা খুন্দারোন)*

## অঙোম লৱাই

মৈদিংঙু চালাম্বা হাক্তক্তা (খৃ: ১৫৪৫-১৫৬২) অঙোম নিংথৌ হাৎলি। অঙোম কাইদুনা লংমাইজিংদা চেল্লে। অঙোম লৈত্রবা মতুংদা কংলা শাবা লোইরে । ফম্বাল কারমদাইদা লৈবাক্কা নিংথৌদা হায়য়ে। তে নিংথৌ ও, অঙোম শাগে য়াওদনদি ফম্বাল তোংহৈদে হায়না লৈবাক্কা ঙাংনরবদা । অদুদি কংলা শাবাদি অবেম্বা ওইরে হাযববদা, নিংথৌ মমাঙদা যুমনাম মাইচৌনা হায়য়ে। ননাই ঐনা উহৌবা অমত্তদি, অদুই অঙোম কাযববদা মনেমনা পুদুনা অৱাং লম থৈথিবা ইতম মপান্দা লোৎখিবা অঙাং মচা অমদি লৈখিয়ে অশুম হাযববদা, অদু ওইববদি নিংথৌগী পোৎলোই পুদুনা থিখিবদা লৈরময়ে। মনেমদি লৈরমদরে, ময়াদি লৈবাকনা দোলাইদা হাপ্তুনা পুরকলে। মনেমদি খোংপীতোৎতা ইন চিংদুনা লৈরমলে, ময়াবু দোলাইদা হাপ্তুনা পুবকপা উরে। পুরকপা অসি ইযানে কবমনো হায়ববদা । মীয়াম্মা হায়য়ে, তুমিন লৈও হনুবী,অঙৌপানবা নযানে; হনুবী নবে কক্কনি হায়দুনা পুখরে। অঙৌপাম্বা ওইহল্লে,ওম্বা হায়না কৌয়ে ইৱাংদা তাহল্লে, মানা লৈবা লম অদুবু অঙোম লৱাই কৌযে। *(মিয়াং লারৈ লাথুপ)*

*অঙোম নিংথৌবু অঙৌপানবা হায়নসু খঙনৈ। মৈতৈ নিংথৌনা ফম্বাল তোংদরিঙৈদা অঙোম নিংথৌনা হায় তোংগনি। মৈদিংঙু চালাম্বা হাক্তক্তা অঙোম তাকপগী মতাংদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি - "মৈদিংঙু চালাম্বা চহি ৩২ দা ফম্বাল কাইএ... মৈদিংঙু চালাম্বা লমখুমএ। ঙাংলৌঙাগী কুম শক ১৪৭১ অঙৌপানবা লাংলোইঙম্বা শিএ। অঙোম তাকএ। ... লেমলৈথেংগাগী কুম শক ১৪৭৩ দা অঙৌপানবা লানলুমঙম্বা রোম্বা ফম্বাল কাইএ।"*

*অঙোম লৱাই- ইম্ফাল নোংপোক সব ডিভিজনগী মনুংদা লৈ। নিংথৌগী পোৎলোই - নিংথৌগী ফিজেং লৈতেং।*

## অঙৌবা লাইরেল হিখাম্বা সনা চুঙসেলকোল

থৌপাল মাদাইমবু অঙৌবা লাইরেল হিখামবা সনা চুঙসেলকোল ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নোংয়াই খাফম সীঙসুহলবা সেলবা নমথাংচাকা কাওকু হিঙমবম পীবা নাইফা সীঙকমহলপাকা অনিমানা। থৌপাল উঙামথাপাদা হৈয়ি মখোয়ফোয় হৈচাং মমায়লেননা থৌপাল লাইজা ইরম ইননা তাউথরকপবু। অঙৌবা কোরৌ নোংনিংথৌনা হৈয়ি মখোয় ফোই হৈচাং মামায়লেনবা লমবু ইননা অদোন ৱাকয়ে মখুৎনেৎপু খামনা ফারে। অদুনোংগীবু অঙৌবা লাইবেল হিখামবা সনা চুঙসেলকোল-ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*থৌবালগী লম অমবু অঙৌবা লাইরেল হিখাম্বা সনা চুঙসেলকোল কৌবদি করিদগীনো। খুমনগী খাফম শীংশুহনবা (ফম অমগী মমিং) সেলবা নমথাংচাগা কাওকু হিঙম্বম পিবা নাইফা শীংগমহলবা কৌব ফম্নাইবা অনীনা থৌবাল তুরেলদা উঙাম থারকপদা। হৈয়িং হৈজাং খোক্তুনা চার-চারগা ঈশিংগী ঈরম ইন্না*

*ওথবকপবু, অঙোম নিংথৌনা হৈযিং খোক্লুনা চাখিবা লম্বু ইন্নদুনা খুমনগী হিবু খামদুনা ফাবে । নুমিৎ অদুদগী মফম অদুবু অঙৌবা লাইবেল হিখাম্বা সনা চুঙসেলকোল কৌখি ।*

## অচৎপুঙ

(১) কোবৌ খোংজোমনুপী খোইনৌ মতা তকুকমানা অৱাং কোবৌ নোংকাবকপাতা লোইপী মাচিঙলেলপু লতালনা চৎখিযে । অতুনোংকিপু লোইপী চিঙশাং অচৎপুঙ-ও তৌনা কৌযে । *(খোংজোমনুপী নোংকারোল)*

*নোংদোনদা লৈবী খোংজোমনুবী চান্নবী মতা তক্কনা অৱাংবা নোংদোন কাবকপদা অথোইবা মশক নাইববা অৱাংবা চীংবু ইন্দুনা চৎখি । অদুদগী চীংশাং অদুবু অচৎপুঙ হাযনা কৌখি ।*

(২) থাঙৱায মদাইমদি লোইবী চীঙশোং অচৎপুঙ-ও কৌবদি । যোযকমলোন নুংপান চানু মাতা তকুকমানা লোইপী মচীঙলেনবু ইন্দাল্লকযে। অদুনোংগীবু লোইপী চীঙশোংপা অচৎপুঙ-ও তৌনা কৌযে। *(থাঙৱাযরোন)*

## অচেনখোং

লানলোই অচেনখোং-ও কৌবদি । অসাইঙৈগী থংঙা লৈকায পনসাং মঙামনা বাপা খুনথিনা চেঙজা লান্নংনঙৈ লমলোই অচেন অখম্বৰু । যাইসকুলচা যাইচাবনা হাইবৌএ । অদুনোংগীবু লানলোই অচেনখোং-ও তৌনা কৌএ । *(তোবৈরোল লম্বুবা)*

*লানলোইগী লমদম অমবু অচেনখোং কৌবদি । লানলোইদা লৈবা লৈকাই মঙানা অমগা অমগা চীনওক চীন্দান্নদুনা খৎনবিঙৈদা মকপ ওইবা অচেন অখম্বৰু যাইস্কুল মচা যাইচাবা কৌবনা হাংখি। নুমিৎ অদুদগী হৌনা লানলোইগী লমদম অদুবু অচেনখোং কৌখি।*

*থাংঙা লৈকাই পনসাং মঙানা - লৈকাই মঙামক। ৱাপা খুনথিনা চেঙজা লান্নংনঙৈ - চীনওক চীন্দান্নদুনা খৎনঙৈ । হাইবৌএ - হাংহৌই ।*

## অন্দ্রো

চকপা কাংবুগী হল্লেঙ হনচোক মচিন মনাও অনিনা চিংদুনা খুন্দাফম থিবকই । মযাম্বা হল্লেঙগী কাংবুনা ঙাখা অতেকপাবু পোবোমপাৎ মনাক্তা চাক থোংদুনা চানবা থৌবাং তৌই । মনাও হনচোক্কী কাংবুনা খজিং অতেকপা থোংই । মযাম্বগী কাংবুদি চাক চাবা তোক্লে । মনাওগী কাংবুদি খজিং অতেকপা ঙাংলকপা অদুবু ঈ চংলি মুন্দ্রি মদুনা লোন্দুনা লৈবে। মযাম্বনা হায়য়ে নখোয়সু চাবগা লাকও ঐখোযনা লেকফম লৈফম মতা ফবা রমগে। লম্বী খঙনবা পামেল উদা থাংনা হক্লমগে থাংখুল যেংদুনা তাল্লকও হাযবল্লগা মযাম্বগী কাংবুদি পা হৌখ্রে। মনাওগী কাংবুশিং ৱাতানৈ। ঐখোযগী ঙা অসে চাহৈদবা নামুংবা ওইবমানে খন্নবে । খাঙলা বেৎ লোল্লগা চাক্কা যেনসাংগা হৈদোকলে। মনাওগী কাংবুদো মযাম্বগী খোঙ্গুল লীবক্লে । পামেল উদা না হকপদি লম্মুক ওইবগী মুশিল্লে। অদুদা মখোযনা থাংখুল অসিদি অমলবনে হায়দুনা হল্লক্লে । হল্লকপাবুদি বো হাযনৈ হনচোকনা হল্লক্লে হাযবগী হন্দ্রো কৌযে। হৌজিক্তি অন্দ্রো কৌনবে। *( চকপারোল)*

## অনান খুল্লেন

লোইবী মাখনমাবু অনান খুনথক খুনখা-ও কৌবদি । চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী শিদববু খুনথিরকপদা - লাইচা যিবাল্লকপদা লাইচা ইবোন্নুংদা থৌদু ইশংথাংববু লৈঙাময়ে। শমু মখুতোনবু নানথোকলময়ে। অনান খুলেন লৈ- ও তৌনা কৌয়ে। *(পোইরৈতোন খুন্থোক)*

*লাইচা য়িবাল্লকপদা - ঈশিং লাল্লকপদা। লোইবী শিদববু খুনথিরকপদা-শিরোই নারোইদবা চীংগী লম থিবকপদা। লাইচা ইরোন্নুংদা -ঈশিং মনুংদা । থৌদু ইশংথাংববু লৈঙাময়ে - নুং হিজং কাবা লৈরম্মী । শমু মখুতোনবু - খোঙ খুদোনবু । নানথোকলময়ে - নাম্বুরম্মী ।*

## অনাম লৌ

চীংদা কানা পাময়ানবা লমলেকসাং হাও ওইবনা। খানলৈ মাগী মরৌবেন্দা থাংয়ি ঙাঙলককবরা হায়না য়েংলুববু। লোইমোম খোইঙাং সাঙমদে। থাংযি ইখুৎথা লোইমোম ইনৌযোকপু কবম সংখনোকো সোল্লমএ। থাংযি অসংলৌ লোইমোম অনাম লৌও থোন্নৈএ। *( তোরৈরোল লম্বুবা)*

*চীংগী লমদা পাম যান্দুনা লৌউবা লমলেকসাং হাও ওইখ্রবনা মাগী লৌদা ফৌ মুল্লববা য়েংলুববু ফৌ খোইঙাং শাবমদরি। রানা হোৎনজদুনা ইখুৎমক্লা থাজবা ফৌ নংবু কবম্না শংদুনা লৈবম্বানোকো হায়না শোল্লম্মী। অদুগীদমক থাংযি অশংলৌ লোইমোম অনামলৌ থোনখি।*

*লমলেকশাং হাও ওইবা - চেংলৈগী শবাং লৈশাং শলাইদা ঙ্ইমুবৈমনা নুংঙৌ ইমথংবগা লমলেকশাংগা পোকই। লমলেকশাংদি চীংদা কাখিদুনা কবুই হাও ওইখি। খানলৈ - লৌ। মাগী মবৌরেন্দা - মাগী লৌদা । থাংযি - ফৌ। ঙাঙলককববা - ঙাংলববা । লোইমোম - ফৌ । খোইঙাং - ফৌ মুলবা হৌবকপগী খরা-খরা ঙাংলকপা। খোইঙাং সাঙমদে - ফৌ মুলবা হৌবমদে। থাংযি ইখুৎথা - ঐনা থাজবা ফৌ। লোইমোম ইনৌযোকপু - ঐনা যোকখৎচবা ফৌবু ।*

## অপোং ইংখোল

খৃষ্টাব্দ ৬৬৩ দা নাওথিংখোংনা নিংথৌ ওই । মাগী হাক্তক্তা খৃষ্টাব্দ ৭০৭ কী অদুব্রাইদা পোংনিংথৌ সুকানফাগী মনাওনুপা শামলুংনা নোংচুপলোমদা লান চৎলুবদগী মণিপুব ফাওদুনা হল্লকই । মহাক্লা নোংপোক ইংখোলদা চহি ৩বা লৈবমই । মহাক ঈবিল তুরেল মরিল ইন্না চংখি। পোংনা লৈরমই হায়বগী নোংপোক ইংখোলবু অপোং ইংখোল কৌই । *(মণিপুর ইতিহাস)*

*চৈথারোন কুম্বাবদা য়াওবদি - "শকাব্দ ৫৮৫ দা নাওথিংখোংনা নিংথৌ ওইএ। শকাব্দ ৬২০ দা পোংনিংথৌ সুকানফাগী মনাও সামলুংনা পাশা য়ৌনা লোই চল্লুরগা মৈতৈবোমদা থোক্লকুনা অপোং ইংখোন্দা চহি ১০ লৈরমএ। অরাংলমদা ইরিন মরুলমদা চৎখিএ । নাউথিংখোংনা চহি ১০০ পাল্লমএ ।"*

*অপোং ইংখোন - কোনুং অমনবগী নোংপোক থংবদা লৈবা, কংলাগী তুরেল রাংমা।*

*অপোং ইংখোনবু রামশালা থোন্দুনা মহারাজ গরিবনিরাজনা মতম খরা লৈরম্মী।*

## অফমখোং

লানলোই অফম খোং-ও কৌপাতি। মৈতেংঙু লোইনাই থব্রান থাপানা নোংযাই সের্নাথিনোং অতোন ব্রাবোংনঙৈতা। মতাইবেম মুতু যোইমাচেং। মপল চিনফুবোল লাইখুসূ লিনকোইকীনা। মোমনু নুজা সা তাঙচা তুংতালয চৌবৈ নমনাক্লনা হুযেল লানথেমঙৈ। মৈতেংঙুনা খোযমা নাবোননুংতা তাঙচা লমফমএ লিলা লাথেৎলমএ। মৈতেংঙু থব্রানথাপা কোংলৌ অফমখোং ও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*মৈতে নিংথৌ থৌব্রানথাবনা খুমনগা নুপীগী ব্রাথোকনঙৈদা। মনাই মুতু যোইমচেং মমা চিনফুবোল লাইখুসুনা পোকপী না নুপী শাদুনা খুমন লমদা লানশীংলঙৈদা, মৈতে নিংথৌ থৌব্রানথাবনা মোংশোং মবক্তা লিন্না লৈবগুম ফম্লম্মী। মবম অদুদগী মফম অদুবু থৌব্রানথাবা অফমখোং-ও কৌখি।*

## অমম লৈশারোক

(১) খাবনা পান্থোইবীবু থিবকঙৈদা লোৎলে হাযবগী অমম লৈশাবোক কৌযে। কৌবা লাথুপ চাংসু কৌযে। *(পাখংবা ব্রাওনবা)*

(২) অমম লৈশাবোক কৌবদি নোংমাইচীংগী লোক অমা হু পার্স্বীনা কোইনা হৌবগী অমম লৈশাবোক কৌযে। *(নোংপোক লৈহৌচিঙ)*

## অমাল পুঙ

লোইবী অমাল পুঙ ও কৌবদি। যোযকমলোন নুংবান চনু মাতা তকক মানা খোযনৌ ইতা ঐখোযদি কনম মানপ্ মান্নবনো হাযনা শোল্লমযে। অদু নোংগীবু হেমবা অমালপুঙ ও তৌনা কৌযে। *(থাঙব্রায়রোন)*

## অয়াংবা ব্রারেপ নুং

লৈবায মুংবীমাদি। নোংযাই খুমন নিংথৌ অতোন যাইথিংবা উসোনবনা। মৈতেংঙু অযাংবা ও। নদাইবেম ঐবু নোংযাই অতোন তাউ-ও হাযববদি। হযেং নোংযাইনা সের্নাথিনা ব্রাঙমনা পাইথিনাকুনুসে। পোইবৈ ব্রাকাউকুনো হাযনা থৌদু লেপনা যুং চেঙজা লেপনা খিননা ব্রাহমলমএ। মৈতেংঙু অযাংবা বাবেপ নুং-ও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*মৈতে নিংথৌ অযাংবা খৃষ্টাব্দ ৮২১ - ৯১০ ফাওবা পানাখি। মহাক্কী মতমদা খুমন নিংথৌ কোকপা লাইওইশ্রবদা, খুমনগী নিংথৌ ওইবীনবা লৈতবে। মৈতে নিংথৌ অযাংবগী মফমদা লোত্তুনা লৈবিবা যাইথিংববু খুমন মখৈনা হাযজদুনা খুমনগী নিংথৌ ওইহনখি।*

*নোংযাই কুমও অদোন তাউও হাযববদি - খুমন লমদা চৎলো হাযববদি। হযেং... পাইথিনাকুনুসে - হযেংফাওবা মৈতে খুমন অনীগী ভাইশেন ওইনববু কাওনগনুসি। থৌদু নুং। চেঙজা - নুং।*

## অয়াংপল্লি

মৈতে নিংথৌ অয়াংবনা পানবা মতমদা থোনবা পল্লি হাযদুনা নিংথৌগী মমিং লৌদুনা অযাংপল্লি থোনখি। শকাব্দ ৭৪৩ দা মৈদিংঙু অযাংবনা নিংথৌ ওই। মহাকথক্তা অযাংপল্লি থোল্লমএ। *(চৈথারোল কুম্বাবা)*

## আরাপ্তি

শ্রীগোবিন্দ শানবা থৈবোং পাম্বী কাইনাদগী য়াল্লগা, লৈবাক মীয়াম হৌদুনা তুরেন্দা চিংলকই। মফম অমদা হরিগী পেন্নবা আর্ত্তি তৌদুনা কৎলি। হরিদা আর্ত্তি কৎপা মফম অদুবু আরাপ্তি হায়না খঙনখি।

*(মণিপুর গোবিন্দ নির্পন)*

## আরোং

আরোং কৌবদি খাবগী মচা তরমখোইনুচানা মতু পানথোইবীবু মারাইলোংনা য়েংলময়ে। অদুগী আরোং কৌয়ে। *(লম্মিংলোন চেথুপ)*

## আরোং সঙলাংমৈ

কেকে মোইরাংনিংথৌ উরা ঙাঙোইপাকা। নোংয়াই খুমননিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গ্রাইবগা। লোকখা থেংসে হাওখা নেৎসে হায়না উনপী পুকমাননপাকী। ঙাঙোই লয়মাপা য়িৱাং পুরিকলাই উরা খুনতাপানা। মতাইবেম অথৌলিচা হেপপা পানপা কৈসকপা পুমনামাকা। ৱাকয়ৈ মখুনেৎ তোংচেং হিমৈপাকী ৱাকয়ৈ তেংমাইথক্তা। যিৱাং মবাঙ হৌ পুবিকলাই মথিনাই ৱাকযৈ খোঙৱোইনানা লোকতাক লাইচা যিবাইঙাননা হুয়েন লানতাখিয়ে। নোংয়াই খুমন নিংথৌ অতোন চীংখোং থোঙ্গ্রাইবসুং ৱাকয়ৈ মনুংচঙ তোংচেং লাইমৈপাপু তোংনা হুয়েন লানতাখিএ। ৱাকয়ৈ অনিমাসু লোঙনা ফাইনা থাংলমএ। কেকে মোইবাংনিংথৌকা নোংয়াই খুমন নিংথৌকা। নিংথৌ আনমাকী সঙলেন অনিমসুং লোঙনা সাবমএ। অতুনোংকীপু আবোং সঙলাংমৈৱো তৌনা কৌএ।

*(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মোইবাংনিংথৌ উবা ঙাঙোইবা - পুরিক্লাই পোংলেনহনবদগী হৌরগা মোইরাং নিংথৌ তরানিথোইশুবনি। মোইবাং নিংথৌ লাইকাচেং অতেংবনা মৈতৈ নিংথৌ উরা কোন্থৌবা (খৃ: ৫৬৮ - ৬৫৮) গী মচানুপী নাওরেমতোন পান্নদুনা পোকপনি। মৈতেংঙু উরা কোন্থৌবগী মমিং লৌদুনা উরা খুন্দাবা থোনখি।*

(২) মোংবা তোরৈমাদি আরোং সঙলাংমৈ ও কৌবদি। অসাইঙৈগী কেগে মোইবাং নিংথৌ উরাঙাংঙোইবনা ৱাকয়ৈ হিমৈপা তোংযে। নোংয়াই খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গ্রাইবনা তোংচেং লাংমৈবা তোংএ। লোকখা যাগা চায় হাওখা ইমচঙযানঙৈদা। মথংলেন তানচেং চামায়ইবা মরুম সোকমু আরোংফাবীবু কায়না হুল্লকঙৈ মবান ওন্দোবকঙৈদা ফয়েং নোংফাইবময়ে। ময়িম মোইরাংনা ইসঙলৈনা খলয়ে ময়িম নোংয়াই খুমন্না লমসঙ লৈনা সাইযে। সাতানবা মকাইফম মুক্কপা সঙসানা সঙলেন মাঙলমখন তৌরেন লাংকমপীচাবু য়িমবী কৌজাও ওই তৌরেন মসা পাংমনা উবাহুমপু ওই সীংউৎ তোনথৎলৌ চানা সঙসঙয়ান কমপোং নানা কুপনা সঙলেন অনি লোঙনা সাইয়ে। হুয়েন লানসু অনী ফাইয়ে। ৱাকয়ৈ হিসুং অনী তোংয়ে। লাইজ ইচিনসুঙ অনী লোঙয়ে হায়বগীবু লমলেন আরোং সঙলাংমৈ ও তৌনা কৌয়ে। ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*চীংখোঙ থোঙ্গ্রাইবা - খুমন নিংথৌ থোঙলৈরোমনা ঙানুরোন খায়থিবা চনু পান্নদুনা পোকপনি। চীংখোঙ পোইরৈতোনগী মিংলৌদুনা চীংখোঙ থোঙ্গ্রাইবা কৌখি। খুমন নিংথৌ তরামরিশুবনি। লোকখা হাওখা - শুগনুগী লমদমদা লৈরম্বা লম। থেংসে - লান তৌসি। নেৎসে-লান তৌসি। উনপী পুকমাননপাকী - ৱাখন তিন্নববগী। ঙাঙোই লৈমাপা - মোইরাংনিংথৌ। অথৌলিচা হেপপা - অকন অথৌ। পানপা কৈসকপা -*

*কেগুম্না মথৌনা লৈবা। তোংচেং - হি। হিমৈপা - মোইরাং নিংথৌগী হি মমিং। ব্রাকয়ৈ - হি। তেংমাইথক্তা - হিরুথক্তা। মরাগুহৌ - লালগীদমক লাওখোংদুনা লাংবা। মখি নাই - মপাঙ্গল ফুদোকপা, মবাঙ হৌবা, শাউবা। য়িরাইঙাননা - ঈশিং ইপোম হৌনা, ইয়ায় ঙান্না। ব্রাকযৈ মনুংচঙ-পামজবা হি। লাইমৈবা লাংমৈবা -অনিমক তোঙানবা ব্রাহৈ ওইজরবসু হিদি অমত্তনি। খুমন নিংথৌ হি মমিংনি। য়াগা চায় - কায়বে। ইমচঙ য়ানঙৈদা - যুম্লক চঙদুনা লাম্দাঙৈ। মথংলেন - মপুরোইবা। তানচেংচামায়েবা - হাওখা নিংথৌগী মমিং। মকম - মতু। শোকমু আরোংফাবী - হাওখা নিংথৌগী নুপীগী মমিং। কায়না হুললকঙৈ - লান্দা ফাবকঙৈ, ঙম্লকঙৈ। মরান ওন্দেবকপদা -ময়ুমদা হম্লকপদা। ফয়েং নোংফাইরময়ে - যাবেক্লম্মী। ময়িম - ময়ুম। ইসঙ লৈনা খলয়ে - ইনা কুপ্পুনা শঙ শায়। লমসঙ লৈনা সাইয়ে - লমহাংদা শঙ শাই। সাতানবা মকাইফম - শাতানবশিংগী লৈফম। মুরুকপা সঙসানা - ঙা ফাবশিংগী থুপফম শঙ। চানা - নাপী। কম্লোং নানা - কম্লোং মনানা।*

(৩) আরোং সঙলাংমৈ ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাইবেল মৈতেংঙু পোইবৈ খুনজাওবগী ব্রাকযৈ মহিচা তোংচেংমৈনিবোংববু ব্রাকয়ৈ হিজগাং সানা থমলময়ে হায়বগীবু লমলেন আবোং সঙলাংমৈ ও তৌনা কৌএ। ***(মোইরাং লৈকোই পুং)***

*মৈতৈনিংথৌ খাগেম্বা (খৃ: ১৫৯৭ - ১৬৫২) না মৈতৈ লৈমা তাইবোম্বী পান্নদুনা খুঞ্জাওবা পোকই। মৈতৈ নিংথৌ খুঞ্জাওবা (খৃ: ১৬৫২ - ১৬৬৬) মচা পোক্কে।*

*মহচা মাগী হি। তোংচেং মৈনিবোংববু - হিমমৈ অনী লোংববু। হিজগাং - হি থম্ফম শঙ।*

আরু

শেনবী মদাইমদি চীংখোঙ পোইবৈতোন্না লাংওল্লকপদা মতৈমা লৈমা লৈনাউতাবীগা লাইজ ঈ দা শান্দেংববু দুনা হেন্না লৈঙাম এ অদুনোংগীবু আরু-ও কৌএ। ***(পোইরৈতোন খুম্বোক)***

*চীংখোঙ পোইবৈতোন্না কবোগী লমদম অমদা লাকপদা মতৈমা লৈমা লৈনাউতাবীগা লাইজ ঈশিংদা ইকজদুনা দুনা নান্না লৈরম্মী হায়বগী আরু-ও কৌখি।*

*লাংওল্লকপদা - মপোক ওল্লকপদা, মফম অমদগী অমদা লাকপদা। লইজ ঈদা - ঈশিংদা। শান্দেংববু - ইকজববু। লৈঙামএ -লৈরম্মী।*

## আলপাইপুং

লোইবী আলপাইপুং কৌবদি চীংখোং পোইরৈতোন্না কাইরৈ মযেনচাবু অমন শিহুনবীরে হায়না শমু খুত্তা পুববু পাইখিরে। ময়ুম লোইবী মরেমনা য়েনবুদি আলকে কৌই। অদুনোংগী হেম্বা আলপাই পুংও কৌএ। ***(পোইরৈতোন খুম্বোক)***

*চীং অমবু আলপাইপুং কৌবদি চীংখোং পোইবৈতোন্না মহাক্কী য়েন মখুংনা পাযদুনা পুববু শিগদৌরমাম্লে হাযদুনা থাদোকপবু পাইখরে। মরেম কৌবা চীংমী কাংবুনা য়েনবু আলকে কৌই। নুমিৎ অদুদগী হৌনা চীং অদুগী মমিং আলপাইপুং কৌখি।*

*কাইরৈ - য়েন। অমন শিহুনবীরে - শিরে । শমু খুত্তা শূববু - খুত্তা পাযববু ।*

## অৱাংখুল

লোইবী অৱাংখুল-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো । লহান্নোং হয়িঙৈদা য়াওৰৌ সানিংথৌ থৌদু নুংপাক কোইরুবা চিরেন তোমপোকপবু । মপারি লুৱাং লোইনাই য়াওসা তানবগা অনিমনা য়াওৰৌ তুংইন তান্নঙৈদা ৱাংনা চাওনা তান্নরকযে। অদুনোংগীবু লোইবী অৱাংখুল-ও তৌনা কৌয়ে। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*অৱাং খুন কৌবা চীংবু করি মরমদগী থোনখিবনো হায়রবদি । থায়নঙৈ শাগী নিংথৌনি হায়নবা, নুংপাক অচৌবা মরক্তা লৈবা মচী নাম্মতা পানবা শাবু লুৱাংগী মচানিপা খোইদোম অহনবগা মনাওনিপা লোইনাই য়াওসা তানবগা অনীমক্তা শাগী মতুংইন্দুনা ৱাংনা চাওনা তান্নরকয়ে । নুমিৎ অদুদগী চীং অদুবু অৱাংখুল হায়না কৌনখি।*

## অৱাং শারু কাইচারোক

হাওরৈ খানা পাংবরম অৱাং শারু কাইচারোক -ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। ইচিকসিৱা কোংনিংথৌবগী কাওরেল মশলচা মালবী কোঙকোইববু চেকনম ফানম্বনা হুচাথে। লাইজা ইরোন্নুং শোয়রেন ফুম্বিখাদ তুমলববু । কোৰৌ নোংজা খুদিং লুফুই নামথুম্বা শোয়রেন খমঙাকপা শানা তোঙপোল ৱায়রৌথাংনা কোরৌ নোংজ খুদিং কাইজখিয়ে। অদুনোংগীবু অৱাং শারু কাইচারোক-ও তৌনা কৌয়ে। ***( নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*খা মায়কৈদা লৈবা লম অমবু অৱাংশারু কাইচারোক কৌখিবদি করি মরমগীনো। ইচিকসিৱা কোংনিংথৌবগী পুন্দুনা থম্বা শলবু চেকনম ফানম্বা কৌবনা হুখরে । শল অদু ঈশিংদা লৈবা ফুমগী মখাদা লুপশিন্দুনা থম্লগা নুমিৎ খুদিংগী লুথুম্বা শাদুনা তুঙ্গোনদা শা অদু মচেৎ মচেৎ হাপ্লগা ময়ুমদা পুখৎলি। মরম অদুদগী মফম অদুবু অৱাংশারু কাইচারোক কৌখি।*

*হাওরৈ খানা পাংবরম - খা মায়গৈদা । কাওরেল - শল । মালবী কোঙকোইববু - থৌরী থুবা শলবু । হুচাথে - হুখরে। লাইজ ইরোন্নুং - ঈশিং মনুংদা। শোয়রেন ফুম্বিখাদ - শোয়দা লৈবা ফুম মখাদা। তুমলববু - লুপশিল্লববু । কোরৌ নোংজা খুদিং - নুমিৎ খুদিং । লুফুই নামথুম্বা - লুথুম্বা। শোয়রেন খমঙাকপা - শোয় ঙাকপা। তোঙপোল ৱায়রৌথাংনা - তুঙ্গোন পায়দুনা। কাইজখিয়ে - লু, লাংদা শা,ঙা থুদুনা লৌথোকপবু কাইবা কৌই ।*

## অৱাংলোকচা মংচা ঈ শারোল মংলোল ঈ

খোংজোমনুপী খোয়নৌ মাতা তারুকমানা কোরৌ নোংকারকপদা । কোরৌচিলতুম চিন ৱাঙপল মংতুম মংনাতি লাকয়ে। অতুনোংকিপু অৱাং লোকচা মংচায়ী শারোল মংলোল য়ী-ও তৌনা কৌয়ে।

***(খোংজোমনুপী নোংকারোল)***

## অশোং

লোইবী মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লাংওল্লকপদা । মায়িম লোইবী মারেমনা মশোং মামাল চাওনা য়েংঙামএ অশোংও কৌএ। ***(পোইরৈতোন খুম্বোক)***

## অম্বা

চীংঙু খমতিংকোন্না অসৈ খৌসক্লনা কারকএ হায়বগী অম্বা-ও কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## অহামশোয়

কৌবা মদাইমদি নুংপান চৌপ্রিনা শোয়শেন ব্রায়নে। য়ামলা খোংফৈ চিরোন চন্না খরায় চাংদোন খন শীংউৎ নাচুংয়ৈনা লুফুই নামথুমজববু। নুংথিল চঙবা ঙাদি মরুশ্বী অরাইশেংবা চনুদা ব্রাইথুংলুইএ। অহিংচঙবা ঙাদি লেমলৈ ঙাচঙতামলে। অদুগীবু মরুশ্বী অরাই শেংবা চনুনা ব্রাহায়খি এ। ইথংলেন নঙদি লৈরোং য়ুমচঙনা শোইখোং তাইথেৎনা মনুংথোংগা পরৈনা লমলক লুথুম্ববু লৈরিঙৈনে হায়না ব্রাহায়খিএ। মথংলেন নুংপান চৌপ্রিপনা পাউখুমখিএ। অহিং লমলক লুথুম্ববু লাইহিংচা করম্বনা চাখিবনো খঙদরে হায়না পাউমেনখিএ। চীংঙু নোংথৌ সোরারেন্দা ইনুংমনা লননিব্রাগী নোংচুপ হাওরেংকাই চনু মখুৎথা হাওনু শোনমোই তাউবীদি মারালিং পানখোক ইহোলাদা ইমু খয়োম শানা কাংবি লেমলৈনাইবু কাংনিজখিএ । খোইয়ুম পাখং য়োয়রেনবনা লনকুবিথরকএ। অদুদদি মিৎয়েং নাউশুমদা খোমলেন তুমগনফদনা নোংহামলবদা। ইনুংমদা খোইয়ম লাইহিংচাবনা খোইয়ম য়োমলোই হৌ চীংঙু লাইহিংচাদি য়োমদাংশাংনা নৈচাকে তেলচাকে হায়না লাকপবু উরদুনা। নুংপাল চৌপ্রিদি থাঙলেন খুত্তা শৃ পামেল উদা কানা চৌপ্রি খোঞ্জেল লাউনা খোংনা লৈববু । খোইয়ম লাইহিংচা অয়াম্বনা নমু চাগে নমু চাগে হায়না পামেল উকারকপবু । নুপান চৌপ্রিকী থাঙলেন মখুৎশুনা শমু মখোঙ মখুৎ তুপনা ঙমনা য়াম্নুঙমএ। অদুনোংগীবু খোইয়ম লাইহাৎশোয়-ও তৌনা কৌএ । অহিংচঙবা ঙাদি লেমলৈ ঙাচঙ তামনা তুঙ্গোন ব্রাইরৌনুংদা হাংনা কারকএ। অদু নোংগীবু অহামশোয়-ও তৌনা কৌএ ।
*(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

*কৌবা মদাইমদি - কৌক্রুগী লমদম অমদি। শোয়শেন ব্রায়নে - শোয় চাবা মফমনি। য়ামলা খোংফৈ চিরোন চন্না - উফৈদুনা পন থিংবা। লুফুই নামথুমজববু - লুথুমজববু। ব্রাইথুংলুইয়ে - য়ৌরকই। ঙাচঙ তামলে - ঙা চঙবা ব্রাংলে। লৈরোং ... লৈরিঙৈনে - অরোনবা নুপী লৈরিগনি। মিৎয়েং নাউশুমদা খোম্লেন তুমগনফদনা - অহিং তুমদনা। নোংহাম্লবদা - ঙাইদুনা লৈরবদা। ইনুংমদা - অহিং অদুদা।*

## অহিং খোংপান

মৈতৈ নিংথৌ তবুংবা (খ: ১৩৫৯ - ১৩৯৪) হাক্তক্তা খুমন্না লাল হৌরকএ হায়দুনা। মোংবহনবদগী নম্বুল ফাওবা খুমন্না য়ৌরকপনা হানগনি হায়দুনা অহিংদা পন শাইয়ে খোংলম তৌয়ে। অদুগী নোংয়াই অহিং খোংপান কৌয়ে। *( মিয়াৎ লাৱৈ লাথুপ)*

## অহিংখোং

মোংবা মদাইমদি মৈতেংঙু তবুংবনা কেগে মনিন নাইববু লুতুরসুনো হায়না ইনুং সোয়য়াইমদা খোংমা তৌবমএ। অদুনোংগীবু লানলোই অহিংখোং-ও কৌএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*মোংবহনবা - মহাবলি উমং অসি মোংবহনবা কৌরম্মী । নম্বুল - নম্বুল তুরেল। লুতুরসুনো - শিরসুনো । ইনুং সোয়য়াইমদা - অহিং নোংয়াইদা ।*

## অহোঙকৈ

নিংথৌ পুথিবনা মমোম অনি ফুইএ। মমোম অহনবীগী কোলোয় মমিং থোংদি শৌবোন লৈমা ও তৌনা কৌএ। লাংলেন অতোনবীগী কোলোয় মমিং থোংনা সনাখোংনাং লৈমা ও কৌএ। নিংথৌনা মমোম অনিমাবু খানলৈ লৌয়ানহল্লমএ। পল্থৌ মপা পুথিবনা চেংলৈ ৱাইনুতা অমুবা সলাই ঙাঙবা অরাংবনে। খুনফম অসিদা চেংলৈ পোৎপু পান্দুনা ৱাইনু মচিল মানবা লাংকোননা মালেম লৈমায় ওল্লক্লে। অসুম্না থাংয়ি লৌউতম ফৌবাল চারোং লৌনা নুংঙাই য়াইবি মরাং কায়না পাল্লমএ। থাংয়ি অদুবু কোরৌ নোংশামৈদা ফৌএ হায়বগী ফৌ হায়না কোলোয় মিংথোন্নএ। অসুম্না নিংথৌনা কোরৌ শেনচংনা ৱাংবল পাইচংননা খুরাই অহোংপুঙগী লমদমদা অহোঙ অচাওথোক্লা পাল্লমএ হায়বগী অহোঙকৈও তৌনা কৌএ । *(নিংথৌ কাংবরোল)*

## অহোঙপুঙ

নিংথৌ পুথিবা অসি নাৱা মখুঙৈদগী লৌ ইংখোল কোইববু উনবী হকনা চঙএ। মায়কৈ খুদিং চৎলবগা চাহে চারোং চুম্না পানবা য়াগদবা মফম থিরকখিএ। মফম অদুদা লৈদুনা অহোঙ অচাউ থোক্লা পাল্লমএ। অদুনোংগীবু অহোঙপুঙ-ও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌ কাংবরোল)*

## আতা কোঙয়াম্বা সোয়হোঙৱাই

লমলেন মদাইমা আতা কোঙয়ামবা সোয়হোঙৱাই-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। আতা কোঙয়াম্বনা তুরেল লাংমৈপুঙ লেমলৈ ঙাৱাতাদা সোয়হোঙঙৈ। মোইবুং মরিল ফাৎতবনা লুনিঙহুক লিক্লোল সলয়া মালবনা ঙাখা ওই। মালেম লৈসনা অঙাংবনা শারেংশা। কোরৌ নোংলুপান অঙৌবনা ঙানোয় শা। নোংপোক কোরিশেংনানৈবনা লেমলৈ ঙাতুঙনা। চোইনৌ সনা শেলসুং নাইবা কাওরেল সলনাক মালবনা লেমলৈ ঙাকোৎননা সোয়হোঙয়ে। অদুনোংগীবু আতা কোঙয়ামবা সোয়হোঙৱাই ও তৌনা কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*সোয়হোঙঙৈ - ঙা ফাফম সোয়দা ইরাৎথৌনি তৌবা। মোইবুং মরিল ফাৎতবনা -মোইবুং মরিল লৌথোক্তবনা। লুনিঙহুক - লুনিং মেনবা। ঙাখা ওই - অপিকপা ঙাখা মচাওইনা শেম্মী। মালেম লৈসনা অঙাংবনা শারেংশা - সনানা শারেং শাবা। কোরৌ নোংলুপান অঙৌবনা ঙানোয়শা - লুপানা ঙানোয় শাবা। নোংপোক কোরিশেংনানৈবনা - কোরিনা। লেমলৈ ঙাতুঙনা - ঙা থমফম ওইনা। চোইনৌ সনা শেলসুংনাইবা - সনানা শাবা মশুংনাইবা শেল। কাওরেল সলনাক মালবনা - শলগী নাকথ (নাকন) মানবনা। লেমলৈ ঙাকোৎননা - ঙা কোৎপা, ঙা খোনবা।*

## আতে মোইকোয় লোক

আতে মোইকোয়লোক সেললোয় সুমখুল তানারম লংমাই মোইকোই কুমনালম লাবা মৈরোঙবা তানালমও কৌবদি কদৌনোংগীনো। মায়িম সেললোই তেংথানা লংমাই মীকৌনা মাইববু মোইবা-ও মাইবীবু মোইবী-ও কৌয়ে। অচুমববু আতেবা ও কৌয়ে। লংমাই কাথৌয়াঙ তরুকমনা খোয়নৌ মালচা মাৱা ওই। কমবোং হৈৱাইনু সাফাবী তরুকমাবু তাউচিঙ হৈচেলনগে । হৈপোক সৌতীয়ালবা লেমচেং লী হৈ পোকপাপু লৈয়ে। পোলচেং লাইচম খন হৈরাং লুথোং সেমনা চেলনাগে মারাল থৌচৎলকপদা । সেললোই মামাইবী আতে

মোইকোয়নুনা থৌখামঙামময়ে। আয়িম লংমাই কাথৌয়াঙ তরুকমা-ও । অসি ঐগী খোমলেন মঙলাংচালদা সেললোই নাকপকমা ফকথবা লংমাই চিঙসামা কিলথবা মঙবু মঙলমযে। নখোইবু লাললোই মীঙাথোপ সারেল মী সুংলাংবু ওইখিরগনে পানম চৎথোককুনু হায়না থৌখামখিয়ে। লংমাই কাথৌয়াঙ তরুকমদি মাবাল থৌচৎতনা হলরাইখিরে। মমালমচা কমপোং হৈরায়নু সাফবী তরুকর্মদি। হৈপোক সৌতিয়াল লেমচেং লীহৈপোকতা মালচা মরা ওইববু নোংহামবদা । খুমল খোইমোমপা পুলসিবা অথৌবনা মোমনু তাংজ মসম ককনা খোকলাং পামহৈ সকনাখিয়ে। লংমাই কাথৌয়াঙ তরুকমানা সেললোই ইমাইবী-ও কবম চুমবু চুমবনো। লাললোই মীঙাথোপ সারেল মীসুংলাংবু ওইদআনা হায়নরমযে। অদুনোংগীবু লংমাই আতে মোইকোয়লোক-ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## ইকৌ লমনুংশি

থাঙব্রায় মদাইমদি ইকৌও কৌবদি। অসাইঙৈগী অবুং মচন থেম্বীনা মথংলেন চীঙসোংনিংথৌ নিলতুম নিলতামববু লাকতরে  হায়না কৌনা কৌনা কুমলকয়ে। অদুনোংগীবু ইকৌ লমনুংশি ও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

*থাঙব্রায় মদাইমদি - অরাংগী লমদম অমদি। অসাইঙৈগী - মমাঙগী। মথংলেন - মপুরোইবা। নিলতুম নিলতামববু - মীওই মীতৌ চঙখোনববু।*

## ইঙেল চীং

খোংজোমনুপী খোয়নৌ মাতা তরুক মনা। মামাল মাচা হাওকু পাখংপা তরুকমাপু লমওক্লকে হায়নাতি। অব্রাং লাইনা পাংপালমতা নোংফৌকি চিঙলুখুম লমতা য়িলতালখিপাপু। লমলেল মতাইমা নুংপাল তেলতোংয়ালপু য়ৌরাপাতা। খোয়নৌ মাতা তরুকমানা হায়নায়ে। হে খোয়নৌ য়ীতাশিংও। পলথৌ নাপা য়ীপাসুঙ। পল্লেম নামা য়ীমাসুঙ। নামাল য়ীমাল মাচাসুঙ লাক্তলে। য়ীখোয়তি নুংপাল য়ীপললম লুব্রাং য়ীতুরমপু পোইরৈলমপু য়েংমানাখিসে হায়না। মামায় পোইরৈ মৈতৈলম পাংনাতি য়েংলময়ে। আতুনোংকিপু লোইপী খোয়নৌ লময়েংচিঙ ও কৌপাপু। পোইরৈ তাফাথিপানা ব্রাংঙম হায়মন তালপানা নুংপাল য়ীংঙেলচিঙ ও তৌনা কৌয়ে। *( খোংজোমনুপী নোংকারোল)*

*খোংজোমনুবী মতা তরুক্লা মখোয়গী নুংশিনজবা হাওকু পাখং তরুকপু উনগে  হায়না অব্রাং পাংবদা লৈবা নোংফৌ চীংলুখুমদা চংখিবদা লুব্রাংগী লমদম তেম্দোংয়ান য়ৌরবদা চান্নবী মতা তরুক্লা হায়নৈ - 'হে ইতা নুংশিবীশিংও ,ঐখোয়বু পোকপিবা নপা ইপাসু নমা ইমাসু নব্রা ইব্রাসু লাক্তরে , ঐখোয়দি ইপা ইপল ইবুং ইপ্পানা লৈবা লুব্রাং লমদমবু য়েংমিন্নসি' হায়না মৈতৈ লমদম পাংনা য়েংলম্মী। নুমিৎ অদুদগী মতা তরুক্কী লময়েংচীং কৌববু মৈতৈ শৈশক শৈথাবনা লুব্রাং ইংঙেল চীং ও কৌখি।*

## ইচাই

থাঙব্রায় মদাইমদি ইচাই-ও কৌবদি। অবুং মচন থেম্বীনা মথংলেনগী মারা মাখোঙখুনবু লীরকপদা হুমাং

সেনকোয় ঈ লোকলৌনমখুম ঈবু ইহৌরবগী মানম মাথা চাইরময়ে। অদুনোংগীবু ইচাই ও তৌনা কৌয়ে।
*(থাঙব্রায়রোন)*

*মারা মখোঙখুনবু লীরকপদা - চৎখিবা মফম খিরকপদা। হুমাং সেনকোয় ঈ - মশাদা হুমাং তাবা। লোকলৌনমখুম ঈবু ইহৌরবগী - নমগন য়াঙলেন্দা হুমাং চেল্লবগী। মানম মাথা চাইরময়ে - নমগন থবাক হুমাংনা চোংলম্মী।*

## ইচাই খোংবাল

হাওরৈমানা তবুং নিংথৌগী মকোক অদু শমদা হাপ্তুনা পুদুনা লাকপদা ইকৌ খোংবান্দা পোথারমই। অসুন্না মথং মথং লাক্লুনা ৱারবদা। ইবেম্মনা চয়োম থোক্লুনা চাগে হায়না য়েংলুবদা ঈ তৈদুনা চাবা য়াদরে। চয়োম অদু চাইথোক্লমএ হায়বগী ইচাই খোংবাল কৌহৌরে। *( উমংলাই খুন্দা )*

*তবুংনিংথৌ - মৈতৈ নিংথৌ তবুংবা (খৃ : ১৩৫৯ - ১৩৯৪) নি। মৈদিংঙু তেলহৈবা (খৃ : ১৩৩৫ - ১৩৫৫) না ম্নারেম্নী পান্নদুনা পোকপনি। তবুংবনা নোংবাল্লোন লমফেল ঙম্নী পান্নদুনা লাইরেনবগা পুন্সিবগা অনী পোকই। অনীমক নিংথৌ ওই। মৈতৈ নিংথৌ তবুংববু চীংশোং খুন্দা হাৎপগী মতাংদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি - " শকাব্দ ১২৮১ দা মৈদিংঙু তবুংবনা নিংথৌ ওই এ ... অমসুং অৱাংলমদা চিংশোংহাওনা ফীবোং চামিলোই ৱাংগোন পুকৈ লোইবু পিদে হায়দুনা চিংশোংদা লান্দাখিবদা চীংশোং নিংথৌ খামলংবানা মতু লাবালাশাংনু শাফাবীগী মলোম্না মৈদিংঙু তবুংবগা মনাই আকাংজমচা তোনখৈবগা হাৎখিএ। " হাওরৈমা হায়বিবসি চীংশোং নিংথৌ খামলংবগী নুপী লারালাশাংনু ইবেম্মসি ওইরমগনি। ইবেম্মসিগী ৱাথোক্তগী চীংশোং খুন্দা তবুংবনা শিখিবগী মরম ওইগনি।*

## ইথাই

যোইবু লোইমোম ফৌওইবীদি ইথাই কাইরেম্না মচিঙচীনবু ইন্দাল্লকপদা। হে খোইনৌ ইতা নুঙখান তোন্নানশা য়াওৰৌ শজিতেং শজি খোংখুবাও লাইজ ইরানবী-ও হায়না থৌনেকখিয়ে। হয়িঙৈদা লাইজ অশুপ্পবুদি অহকপা-ও কৌয়ে। অথেনববুদি অপাবা কৌই। শজি খোংখুরাওনা লাইজ ইরোইতম্নী। লাইজ অহকপবুদি শজি মৰৌহৈনো খুদোন কাংনা লাইজ ইতময়ে। লাইজ অথেনববুদি লাইজ হকয়ে হায়না য়াওৰৌ খুরু খুতপ কুন্না লাইজ ইতময়ে। খোইমোম লাইবেম্মবু যাওরৌ শামাকোই তুরেল মিংথাংকোই নাৱা খোয়রেনথাংনা ৱাকয়ৈ হিগা ওই। শংলৌ কৌদ্রাংকোন্না খুমু নৌগা ওই। পোনবী ৱাইরংচেক খাংবিরাংচাকনা ৱাকয়ৈ হিনাওশান্না লাইজ ইরাল্লকপদা। ৱাকয়ৈ ইফাই চল্লে লাইজ ইরোন্নুংদা লুপখিরে। লোইমোম ফৌওইবী লাইজ ঈ-দা কুন্নববু নিংথৌ ৱাংবা শল লৌৱায় মানশরিক্লা লাইজ ইরোন্নুংদগী থিকলেন থাদ পমনা পুখৎলকয়ে। শংলৌ য়েন্নারেক মথৌতোলবা সাকোনয়েন ককলা ৱাংমা শাংহনয়েন্না। হে ইতা খোইমোম লাইরেম্মাও হায়না লামদুম লামনা কৌঙময়ে। অদুনোংগীবু লোইমোম ফৌওইবীনা কোরৌ করম্বনা খাইবনো লাইজ ইনসুঙ করম থৈদোকঙম্বনো। অদুনোংগীবু ইথাইও থোন্নরময়ে। ***(ফৌওইবী ৱারোল)***

*ইন্দাল্লকপদা - লাকপদা। নুঙখান তোন্নানশা ... থৌনেকখিয়ে - শজিদা ঈশিং লানবীমু হায়জখি। লাইজ অশুপ্পবুদি - ঈশিং অরুববুদি। খুরু খুতপ কুন্না - খোঙ কোনশিন্দুনা। লাইজইতময়ে - ঈশিং ইরেপ য়েংই। খোইমোম লাইরেম্মবু - ফৌওইবী লাইরেম্নীবু। য়াওরৌ শামাকোই ... খোয়রেনথাংনা - কোক্লেংনা।*

*ৱাকয়ৈ হিগা ওই - হি ওইদুনা। শংলৌ কৌদ্রাংকোন্না খুমু নৌগা ওই - লৌবুক্লচিংবা অচোংপা মফমদা নোংজুথাগী মতমদা হৌবা য়েনশাং ওইনা চাবা য়াবা মনা নৌ মানবনা নৌ ওইদুনা। খাংবিরাংচাক - নিংথম থাগী মতমদা মণিপুরদা লৈবা উচেক অমা। ৱাকয়ৈ ইফাইচল্লে - হি ঈশিংদা লাক্লে। লাইজ ইরোম্নুংদা লুপখিরে - ঈশিংদা লুপখরে। লাইজ ঈদা কুপ্লবু - ঈশিংদা লুপ্লবু। নিংথৌ ৱাংবা শল লৌৱায মানশরিক্লা - নাউসেক্লা। লাইজ ইরোম্নুংদগী - ঈশিং মনুংদগী। থিকলেন থাদ পমনা - মথাদা পমদুনা। শংলৌ... শাংহনয়েন্না - কক্লানা। কক্লা - লৌবুক্লচিংবা ঈশিং লৈবা মফমদা হৌবা চাবা য়াবা পাম্বীনি।*

## ইথিং

(১) তাউথিংমাংনা ময়াম্বা য়োইমোংবগী তুংইন্দুনা মখারোমদা লোকখা হাওখা খুন য়ৌরবদা লমদুগী মীশিংনা। করিনো নচিন ননাউ লাকপদি। ঐখোয়গী লম অসিদি কাকয়েন মীঙম্বনা চেনখিবনা মপাল ইপাল থোকনবা ঙমনদবে। নচিন ননাউসু কাকয়েন্না চেনখিরগনি হায়রবদা। লাইয়িংথৌ মচিন মনাও অনীনা লাংথাক্লদুনা কাকয়েন মীঙম্বদু ফারগা হাত্তোক্লুনা মশা অমনা চীংনুংহুৎ মথক্তা মশা অমনা লোক্তাক তুরেল ঈশিং পুমকং কংদনবা থিংদুনা থমখিএ। অসিগী মমিংবু ইথিং হায়না কৌখিএ। *(চৈথারোল কুম্বাবা)*

(২) ককয়েন মীঙম্বা নমু পোংচেনববু য়োইহৈতোন তাওথিংমাংনা লৈমরেন শিদবীগী ৱাইরা মতেনচা পাফন অরিবা মরনকু তেনবী য়াইওইববু লীরী থম্মোইতিং লকা তেনমৈ লাক্লা তেনৱাইখৎলবদা। পোনবী শাগল তেক্লা তেনবাল্লে। ককয়েন মশাপাংমানা লাইজ ঈবু থিংলে ইথিং ও তৌনা কৌয়ে। *(তুতেংলোন)*

*য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং - খৃ: ১৫৪ দগী ২৬৪ ফাওবা পাল্লম্বা মৈতৈ নিংথৌ খুয়োই তোমপোক্লা নোংবাল্লোন নোংমোইনু অহোঙবী পান্নদুনা য়োইমোংবনে, তাউথিংমাংনে, মচানুপী লাইরোকলেম্বীনে অহুম পোকই। মৈতৈনিংথৌ খুয়োইতোমপোক্লা থুপখ্রবদা য়োইহৈতোন তাউথিংমাংনা নিংথৌ ওইখি। মচননুপী লাইরোকলেম্বীনা কৌক্রি চীংদা পাল্লম্বা কৌবা অঙাংঙাদা ওংখি। য়োইমোংবা তাউথিংমাং মচিন মনাউ অনীনা ইম্ফাল তুরেল অমসুং ইরিল তুরেল তেংখি।*

## ইথেম খোং

তোরয় নমসাংমাতি। নোংয়াই য়িরৈতাপাতি য়িথেমখোংও কৌপাতি। পোইরৈ লৈসাংথৌ অখুপা তানথোং চানমপানা হুয়েল লানতাঙৈতা। খমপা য়াংতৈ নাহা হেমচেং লোয়রং অতোনপা খানলৈ লৌতাপাপু কায়না হুললে। নোংয়াই হেমনাই নাহা খাংনৌপাতি হাওরৈ খানা পাংপারমপু খোপখৎলকএ। অতুনোংকিপু নোংয়াই ইথেম খোং ও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## ইথোই খোংবাল

হাওরৈমানা মৈতৈ নিংথৌ তবুংবগী মকোক অদু শমদা হাপ্লগা লাকপদা ইকৌ খোংবান্দা পোখারম্মী। অসুম্না মথং মথং লাকপদা ঐবু লুখ্রা ওইরগদ্রা খল্লুই। ইবেম্মনা ঙাইহাক অমা ইপুরোইবগী তাংজা লুরেন পুরিবী ঐবু করি লুখ্রাবী ওইরুগবনো হায়না অথোই নাপল কারুই হায়বগী ইথোই খোংবাল খংনহৌই।

*(উমংলাই খুন্দা)*

## ইথোইরোক

থাঙব্রায় মাদাইমদি ইথোই ও কৌবদি। অবুং মাচন থেম্বীনা মথংলেন চীঙশোং নিংথৌ নিলতুম নিলতাম্ববু পোইরে তমদা কুমখিববু কোরৌ নুমিৎ শীঙথারম্ববু থোইরে হায়না শোল্লময়ে। অদুনোংগীবু ইথোইরোকও তৌনা কৌয়ে। হাঙলে হায়বগী ইহাংও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

## ইথোংলেন

মোংপা মতাইমাতি নিংথৌ লাইতোং পুরামসুকা খুমন পুয়াংপা পুরমসুকা তনপা অনিমানা চায়না খোংফেন্নঙৈ। নিংথৌ লাইতোং পুরাংসুকী তিমেন মখুৎসুনা ফেল্লবদি। ককলু লুমায় লেংনা সোয়রেন ফুমপী তুরে। খুমন পুয়াংপা পুরামসুকী তিমেন মখুৎসুনা ফেল্লবদি লাপা থনুংথীৎলে। পুয়াংপা পুরামসুনা নিংথৌ লাইতোং পুরামসুকী তাঙচা লুরেনতোনবু ককলে। মঙক তানা ককলে। তাঙচা লুরেন তোনবু হামুন চারা থকতা ঙাঙতুম ঙাঙনা থোংঙমএ। ইথোংলেন থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## ইনমশেং

হিথেল চংলৈমাতি। হৈরেম লৌ সেংব্রাইও কোপাতি। মমা লয়নুং পিয়াইনুচা লিনকোইকি চীংখোঙ পোইরৈতোননা। চীংপুরোই লাংওনলকলাপাকা মতৈ লৈমা লৈনাউতাপীকা সেনপি শিতাপা কপো নাতাপাপু লৈরিকাপারা খুনথিঙৈ। মরান ওনতেরকপাতা খোংফাং অতোনপাতি। লোকলৌ নমখুময়ি সব্রা পোনথনয়ি সমখোঙ চরনয়ি হুমাং সেনকোয়য়িপু য়িহৌরাপাকী মনম মথা চাইনা সেংলমএ। নোংপোক লৌসেংব্রাই সেংমাই ইনমশেংও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## ইনামুং

শেল্লোয় মদাইমা কাইনৌ মখলমদি লাইজ ইনামুংও কৌবদি কদৌনোংগীনো। য়োয়বু খোইমোম লৈমরেনশিদবী মাল্লেম লৈকোয়রকপদা লোইদাম থাবুরৈ ইহাং ইমুলৈবু লৈ শাৎঙাময়ে। অদুনোংগীবু খোইয়ম লৈমরেন শিদবী খুফমলেন লাইজ ইনামুংও তৌনা কৌয়ে। *(নোংমাইজিং চিঙোইরোল)*

## ইপু ইবেলফম

ইপু ইবেলফমও কৌবদি কদৌনোংগীনো। খোইয়ম লাইয়িংথৌ মলেম লৈশেম্বা কোরৌ নোংশেম্বা লাইজ ইথাবনা। অব্রাং কোরৌ নোংমদোলদগী লাইজ ইবুপুনা থারকএ হায়বগীবু ইপু ইবেনফম-ও তৌনা কৌএ।
*(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

## ইমু থকপরৌ নামসাংকোন

(১) ময়িম সেললোই লংমাইনা। হাওকপ চীংশাংথেং খুনফম ঙাংচেংনীন থাঙঙা য়ৌখান থেংলুবগী মারাল ওন্দেরকপদা। মৈতেংঙু উরাকোম্ব্রৌবনা থিঙলৌ পনচনলে লাবা তুকুম পলকোইরে। ময়িম সেললোই লংমাইনা চিঙদা কানা চেনলবদি থুমনাও কোকপাকপীচা ফাকুম ফানরে। য়েলনাও য়াঙশংবীচা তালকুম তালনারে। মাওপী পোঙসঙয়ান য়েন্দেম থারাম সোইকুমনা মেতাক লমসল ওই মংলক লালনা য়ানকুম য়ান্নরে। লংমাইনা তমদা

তানা চেল্লবদি সাপী লৈতাঙপীচা ফাকুম ফানরে। সেলোইনা খোয়মা নাদ চঙনা চেনলবদি লাংবল কাওরেল সললৌচঙবা লোইমোম পোমসং সায়বা য়েকুমলে। সেলোই সিফা নিকলে। ময়িম লংমাইগী মহিনা থকতুম থকনা চেনলে। ইমু থকপরৌ নামসাংকোন ও কৌয়ে। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*ময়িম সেললোই লংমাইনা - নোংমাইজিং চীংদা পানবা কাংবুনা। থেংলুবগী - লাল তারুবগী। মারাল ওন্দেবকপদা - ময়ুমদা হল্লকপদা। থিংলৌ পনচললে লাবা তুকুম পলকোইরে - য়েক্রবনা পল্লোন কোইশিং দুনা অরাবা তারে। থুমনাও - য়েন্নাওমচা। মাওবী- রা মখল অমা। পোঙসঙ - উতোংচাক হৌবদা শিজিন্নবা রা। য়েন্দেম থারাম সোইকুমনা - য়েন্দেম পাম্বী অমসুং থারাম হায়বা অশিনবা থোংলগা চাবা য়াববু য়ানথৎপগুমনা। সাপী লৈতাঙপীচা - লৈখুন্দা লৈবা শবী। খোয়মা নাদ - নাপী মরক্তা। লাংবল কাওরেল ... য়েকুমলে - লাংবল থাগী ফৌবাল ফারবা লৌবুক্তা শল চঙদুনা অশংবা ফৌবাল চরিঙৈদা মপুনা থেংনদুনা শলদুদা ফুবগুম ফুরে। সিফা নিকলে - তৌফম খঙদরে। মহিনা - ঈনা। থকতুম থকনা চেনলে - ইথক নাইনা চেল্লে। ইমু থকপরৌ নামসাংকোন - নাগা তুরেল মরুদা লৈবা লম।*

(২) [১]ময়িম শেল্লোই লংমাইদি। [২]থাঙঙা মচীংশাং খুনফম মকাইফমদগী। [৩] মরাল ওন্দেবক মচেঙ হনৱাইরক্লবদা। [৪] লাইরেন মৈদিংঙুনা। [৫] খোয়মা লাংখোংলেঙ লাংফম মখুম হাংনা। [৬]শেল্লোই নাফানিক লংমাই শিফা নীক্লে। [৭] শেল্লোই লালয়াম ফারে ইমু নাফা নিক্লা ইহাংইচেন্নরে। [৮] তিমেন তাখোমথুম থাঙলেন খুৎতুম ইঙাঙপক । লালু চোমায়ফোয়। [৯]পোইরৈ থাঙলেন মখুমহাং কবাক চেংলৈ পানগুম নমনাবৌয়ে। [১০]ময়িম শেল্লোই লংমাইবু পুথাপ লমশল ওই মংলক লান্না য়ানগুম্ববু য়ান্নরে। [১১]পানবী যেন্দেম শোই মৌবী পোঙশঙ য়ানগুমলে। [১২] ময়িম শেল্লোয লংমাইনা খোয়মা নারকচঙনা চেল্লবদি। [১৩] লাংবল কাওরেল শল লৌ চঙবা লোইমোম পোঙসঙ শাযবগুম য়ৈনরে। [১৪] লংমাইনা লাইজ ইদা কুমনা চেল্লবদি লাংবন ইকা ঙা ঙাসিংখমদৌবীচা য়েগুম য়ৈনরে। [১৫] ময়িম শেল্লোয়না চীংদা কানা চেল্লবদি পোনবী শোইবোন তান, থুমনাউ কোকপাকপীচা য়েন্নাউ য়াঙশং তানগুম তান্নরে। [১৬]মযিম শেল্লোইগী মহীনা থকতুম থক্লরে। ইমু থকপরৌ নামসংকোন ও কৌয়ে। ***( নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা )***

*[১]শেল্লোই লংমাইগী মীশিংদি । [২]থাঙঙা য়ৌখান খুনফম ঙাংজেংদগী । [৩]ময়ুমদা হল্লকপদা। [৪]খৃ: ৫৫৮-৬৫৮ ফাওবা পাল্লম্বা মৈতৈ নিংথৌ উবাকোন্থৌবা [৫]নাপী মরুমদা লোৎলম্বদগী থাং শৎলদুনা । [৬]শেল্লোই লংমাইশিং তৌফম খঙদরে। [৭]শেল্লোয় লালয়াম ফাবগা লোয়ননা ঈনা ঈচেন নাইরে। [৮]থাং - তানা য়ানবা থিনবগী খুৎতুম ঈঙাংতৈনা মঙক কক্লে । [৯] থাং শৎতুনা নমদুনা ফারে। [১০]শেল্লোয়গী মী থেংন থেংনববু লমশলগুম্না য়ানথৎলে। [১১] য়েন্দেম মৌবী পোঙশঙ য়ানবগুম য়ানথৎলে। [১২]শেল্লোয়শিংনা মোংশোং মরক্তা লোত্তুনা চেল্লবদি। [১৩] লাংবন থাগী লৌবুক্কী ফৌ অশংবা চাবা শলদা ফুবগুম ফুরে । [১৪]লংমাইগী মীনা ঈশিংদা কুমদুনা চেল্লবসু লাংবন ঈকাঙা ফাবগুম ফারে। [১৫]শেল্লোয় কাংবুনা চীং কাদুনা চেল্লবসু শোইবোন কৌবা উচেক য়েন্নাও মচা তানবগুম তান্নরে। [১৬] শেল্লোয়শিংগী ঈনা পুমথন থল্লে।*

## ইম্ফাল

(১) পোইরৈতোন্না মণিপুরগী নিংথৌ লৈতে হায়বা খংলদুনা নিংথৌ ওইগে নীংলদুনা কংলাগী স্না ফম্বাল কারুবদা ইখং খংহৌদনা ইন্থরকপগী মতৌগুম স্না ফম্বালগী ফানখোং তান্না ইন্থরকই। মতৌ অদু উবদা খ্বাই




মীয়াম্না পোইরৈতোনবু মরাইবক লৈতে, নিংথৌ ওইবা [illegible]নখি। [illegible] অদুদগী কংলা কোনুংবু ইন্থুফান কৌনখি। *(সাহিত্য ইতিহাস)*

(২) গুরুনা পুরৈরোম্ববু তাইবং খোংদারুখো হায়দুনা লৱাই পায়দুনা ইন্থুরুরগা গুরুদি লেংদনা নুংফালথক্তা ফমদুনা তাইবং মালেমবু ঙাকশেনখি। ইন্থবদা গুরুগী নুংফালদি লেংদে হায়দুনা নুংফাল লৈবা মফম অদুবুনা ইম্ফাল (য়ুম্ফাল) থোন্নখি। *(লম্মিংলোন)*

## ইরেম নাওসোঙপাৎ

লমলেন মদাইমবু ইরেম নাওসোঙপাৎ-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। মৈতেংঙু হোংনেময়োই খুনজাওনা মদাইরেম হাওয়াংবা য়াংবকোই মীখুনচা অতেংবা চাকলীক খোয়দামল লীকলাং চোমফামলগীবু নোংমনঙৈদা। মোমনু তানলোই মরুপ্পী চেকনম ফানম্বা চনু হাওনু অতে সাকোইবীনা মিরেল থাবুখংনা শান্থুপঙৈ। খোয়মা লাংখোঙ পায়না নাওপেংলময়ে। অদুনোংগীবু ইরেম নাওসোঙপাৎ-ও তৌনা কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মৈতেংঙু - মৈতৈ নিংথৌ। হোংনেময়োই খুনজাও - খৃ: ৬৬৩ - ৭৬৩ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ নাওথিংখোংগী মমিং অমা। মদাইরেম - মনাই। মীখুনচা - অতোপ্পা খুনগী মী। অতেংবা - ফজবা, অখন্নবা, অরোইবা। চাকলীক - লীক ওইনা শিজিন্নবা পোৎশক অমা। খোয়দামল - পুক্লীংনা য়াম্না খোয়দানা পামজবা। লীক্লাং চোমফামনগী - লীক্লাংদুগী মরমনা। নোংমনঙৈদা - শিঙৈদা। শান্থুপঙৈ - লোৎঙৈ। খোয়মা লাংখোঙপায়না - নাপী পায়না। নাওপেংলময়ে - মচা পোক্লম্মী।*

## ইরেং কোনশৎৱাই খমলাং কোনশিনৱাই

(১) শেল্লোয় মদাইমদি ইরেং কোনশৎৱাই খমলাং কোনশিনৱাইও কৌবদি কদৌনোংগীনো। মমা তমপাক লৈহৌনুচা লংমাই পাইবং লৌথিবগা। খোঙলৈমচা কাইনৌ ইরেংবগা। লাবা খুমনবু য়াংদৌ শারম লীবদা। খোয়মা নারোন্নুংদা লাবা নাখাইবা মশেনবু লমওক্লরে। পাথৌও নঙদি কনানো পাউহংখিয়ে। ঐদি ইমা তমপাক লৈহৌনুচা লংমাই পাইবং লৌথিবনে পাউখুমখিয়ে। পাথৌও নঙদি কনানো পাউহংখিববু। ঐদি খোঙলৈমা মচা লাইরেন কাইনৌ ইরেংবনে পাউখুমখি এ। খোয়মা নারোন্নুংদা শেল্লোয় মপাতাউ অনীমানা লাইরেন কোল্লোয় খুৎশি ফুক লংমাই শায়াং তানগা শৎনা শিন্নরমএ। অদুনোংগীবু ইরেং কোনশৎৱাই খমলাং কোনশিনৱাইও থোন্নে হায়দবরা। *(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

*মমা তমপাক লৈহৌনুচা - মমা তমপাক লৈহৌনু কৌবীগী মচা। খোঙলৈমচা - খোঙলৈমনা পোকপা মচা। কাইনৌ ইরেংবা - মৈদিংঙু য়াংলৌকৈফাবা (খৃ: ৯৬৯ - ৯৮৪) না খোংলৈমা পাম্নদুনা কাইনৌ ইরেংবা পোকই, খৃ: ৯৮৪ - ১০৭৪ ফাওবা ইরেংবনা মৈতৈগী নিংথৌ ওইখি। লাবা ... লীবদা - শারম থিরকপদা। খোয়মা ... লমওক্লরে - মোংশোংলক্তা শারম লীরকপা অনীমক থেংনরে। কোল্লোয় - খুজি। খুৎশিফুক - খুজি লৌথোকপা। শায়াং তানগা শৎনা - পাম্বোম তান লৌথোক্লুনা।*

(২) লমলেন ইরেং কোনশিনৱাই খমলাং কোনশৎলমও কৌবদি। মমা তমপাক লৈহাওনু মচা লংমাই পাইবং লৌথিবা। মৈদিংঙু নোইনাই ইরেংবনা পাথৌ লাবা খুমন পুরকপা নংবু কনানো পাওহংখিয়ে। ঐদি তমপাক

লৈহাওনু মচা লংমাই পাইবং লৌথিবনে। পাথৌ নংদুম কনানো। খোংলৈম মচা মৈদিংঙু কাইনৌ ইরেংবনে হায়না পাওখুমলবদা। পাথৌ ও শয়াং নতাল্লোই মখুৎশিবু ফুকনা শিন্নরময়ে। অদু নোংগীবু ইরেং কোনশিনৱাই খমলাং কোনশৎলমও তৌনা কৌয়ে। *(লৈরোন)*

## ইরেং

খোংজোমনুপী খোয়নৌ মাতা তারুকমানা লেংনা ফাইনা কাখিয়ে। হায়বকিপু য়ীরেংও কৌয়ে।

*(খোংজোমনুপী নোংকারোল)*

## ইরোই

কেগে কংলৈ মদাইমদি ঈরোইও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নিংথৌ মপুথিবা মমোমলোন সৌবাল য়াইরেনচনু সানৌ মচীন মনাওনা খানলৈ লৌতাখিবদা। লাইজ ঈসিং তমলেন চাওঙামলাবগী সামপা ঈরোই তমনা লানখিয়ে হায়বগী ঈরোইও কৌয়ে। *( মোইরাং লৈকোই পুং)*

## ইরোইৱা

লমলেন মদাইমা ইরোইৱা কৌবদি কদৌনোংগীনো । লাহন্নোং নিংথৌ পুথিবা মমোল্লোন সৌবোল য়াইরেল চনু সনা খোংনাংলৈমা সানৌ মচিল মনাওনা সামবা ইরোই তমখিয়ে হাযবগী ইরোইৱা ও কৌযে।

*(মোইরাং লম্মিৎলোন)*

## ইরোং নাউশোংপাৎ

চীংনম ফানম্বা তাল্লোয় মরুম্বী লোইদাম থাবু ফা য়াউৱা মশীংশুরবদা কৌবা ঈবোং ঈনা শান্তেংববু লাইজ ঈয়োংলবগা কৌবৌ নোংতামতা থবী নোংলেপ্তুনা সারেন খোইয়ম লাইয়ৈখিএ। অদুনোংগীবু ঈরোং নাউশোংপাৎও তৌনা কৌএ । *(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

## ইরোং লান্দা ঈ

হাওবৈ লাইনা পাংববম অৱাং কৌবা ইবোংখোং ইবোং লান্দা -ঈ কৌবদি কদৌনোংগীনো। নোংপাল চিঙখোঙ কোয়মনাওগা। লুৱাং লোয়নাই য়াওশা তালবগা। য়াওরৌ খুমনবু য়াংদৌ শাবম লীবদা। লুৱাং লোয়নাই য়াওশা তালবনা তিমেন মখুৎশুবু য়াওরৌ শানমথৎখিরে। চিঙখোঙ কোয়মনাওগী ফৈবা তালবুম তুরে। হুয়েল লান্দাবগুম লোংনা তাবে। ইরোং লান্দা ঈ-ও থোন্নয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*হাওবৈ লাইনা পাংববম - মায়কৈ অৱাং পাংবা লম। য়াওরৌ খুমনবু -ওকপু। য়াংদৌ শাবম লীবদা - শাগী খোঙ্গুন লীবদা। তিমেন মখুৎশুবু - মখুৎশু তাবু। য়াওরৌ -শা। শানমথৎখিরে - শাগী নঙ্গন্দা খেৎখরে। ফৈবা তালবুমতুরে - ফৈবাক্তা থিল্লে, লেংলে। হুয়েন লান্দাবগুম - লাল তৌবগুম, খৎনবগুম। লোংনা তাবে - লোংনা তুদুনা লৈরে।*

## ইলমৈ

চীংঙু খমতিংকোল চীঙয়া ফৈথিংবনা তুবি মৈরেল মাবু চিকনা কোনখাবা লাইনা কোল্লে কোলখাপুং। খেকনা তাউনা লৈরে খেকলৈ। চোঙলেন য়িনবু খাললে হায়বগী য়িলমৈ কৌএ। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

## ঈশল মহিথেন

চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীবুরোই লাংওল্লকপদা। ঙাংঙোই য়োইমোংবা তুতেংকোন তুরেল মোংবা ইবু ফৈনা তুপনা লাইজ ঈরানবদা। লাইজ অথেনববুদি অসনবা- ও কৌএ। লাইজ অসনবদা লানলকএ । অদুনোংগীবু ঈশল মহিথেনও তৌনা কৌএ। চীংখোঙ পোইরৈতোনগী ইরানফমনে। ***(পোইরৈতোন খুম্ফোক)***

*মতাংসিদা পল্লিবা ঙাংঙোই য়োইমোংবা অসি মৈতৈ নিংথৌ তাউথিংমাং (খৃ : ২৬৪ - ৩৬৪) গী ময়াম্বনি। পোইরৈতোনদি মখোয় পোক্তরিঙৈ মমাঙদা লৈখিদ্রবনি। অইবা শৈশকপশিংনা কোন্না ইবা-শকপা ওইবগী য়োইমোংবনা তেংথিবা তুরেলবু নৌহৌনা পনবনি।*

## ইশাইখা

থাঙরায় মদাইমতি লমলেন ইসাইখা-ও কৌবদি। অসাইঙৈগী খোইয়ম লাইয়িংথৌ থাঙরায় মারাহলন। লাংগোই শামদোন অয়াঙববু ফারকঙৈদা। কোনচল য়াচল য়োৎপু তুপনা শায়না শায়থৎলে। অদুনোংগীবু পানম ইশাইখা ও তৌনা কৌয়ে। ***( থাঙরায়রোন)***

## ইশোইরোক , ইহাংলা

হাওরৈ নোংচুপলা পাংবরম লাইরেল মৈতেংঙু থৱানথাবনা। অয়ুক চামায়রাংনা লাইরেল ৱাকয়ৈ মখুনেৎ কবুইঙম্বা সনা শাজল খোঙদাংববু কাইনা হুলবা হিবু। ৱাকয়ৈ খোঙওইননা হুয়েল লান্দাখিয়ে। নোংয়াই হাওদ কোইবা অদোল হাওদ কোইবা তোংজেং নাওমৈগী। অরোল লিকনমবা য়াইথিঙ কাওরোংশু নিংঙোল কোলনুশুবু। লাইরেল মৈতেংঙুনা ৱাকয়ৈ তেংমায়থক্তা শমু তুংবুন্ননা পুল্লকয়ে। লাইরেল থাঙলেন মখুৎশুনা নোংয়াই তাংজ লুরেনতোনবু শোইরময়ে ইশোইরোকও থোন্নয়ে। লাইজ ইপাকথক্তা মহিনা ঙাংনা তারে ইহাংলা ও কৌয়ে। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*থাঙলেন মখুৎশুনা - মখুৎশু থাঙনা। তাংজলুরেনতোনবু - মকোকপু। শোইরময়ে - কক্লম্মী। লাইজ ইপাকথক্তা - ঈশিং মথক্তা। মহিনা -ঈনা। কবুইঙম্বা সনা শাজল খোঙদাংব - মৈতৈ নিংথৌ থৱানথাবা (খৃ : ১১৯৫- ১২৩১) গী হি মমিং।*

## ইহারাই

ইহারাই-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো হায়রবদি। অৱাং হাওরৈ লাইনা পাংবরমদগী কৌরৌ ফেলথায়ি ৱাংবল চাইচোৎয়িনা নোংলেন মারাংহৌবগী লাইচা মারাংহৌ ইমু থকফেন্ননা হাথরকয়ে। অদুনোংগীবু ইহাবাই-ও তৌনা কৌয়ে। অমরক ইহারাই কৌবদি। নয়ু নুংবাল হোংনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা। চিঙঙু নোংথৌ সরারেল অৱাং পাখং য়োইরেলবা থংবা নোংনিংথৌদা লাইজ ইনিজঙৈদা । কোনখৈ অতামবা শোংলেন

অথাপপা কোরৌ নোংখোয়ফম্বনা লাইজ ইপিনরকঙৈদা শমু মখুৎফাংবু লোংনা য়ারময়ে। অদুনোংগীবু ইয়ারাই ও কৌয়ে। ***(চকপা খুন্দারোল)***

*ইহারাই ও কৌবদি করিদগীনো হায়রবদি। অৱাং মায়কৈদগী নোংখোঙ ফুয়না হৌরক্লনা নোং কন্না চুরবগী ঈশিং চাওনা ইথক ইরৈগা লোয়নলা হাথরকই হায়বগী ইহারাই কৌখি। অমুকহন্না ইহারাই কৌখিবদি। নবুধৌ লুৱাংনিংথৌ পুঙ্গিবনা নোংদোনথক্তা লৈবা সোরারেন কৌবা লাইদা নোং তারক্লবা খুরমজবদা। অথাপ্পদা লৈবা সোরারেন্না ঈশিং পিবিরক্লনা মখুৎনা লোংনা য়ারম্মী হায়বগী ইয়ারাই-ও কৌয়ে।*

*কোরৌ ফেলথায়ি ৱাংবল চাইচোৎয়িনা -ঈশিংনা, নোংনা। নোংলেন মারাংহৌবগী - নোংয়াম্না তাবগী। লাইচা ... হাথরকয়ে - নোং কন্না তারকই। চিঙ্গু ... নোংনিংথৌদা - সোরারেন্দা। লাইজ ইনিজঙৈদা - নোংতারক্লবা খুরুমজঙৈদা লাইজ ইপিনরকঙৈদা - নোং তাহল্লকঙৈদা। শমু মখুৎফাংবু - মখুৎ খুবাকপু।*

## ইয়ৈবী

হাওরৈ নোংচুপলা পাংবরম লমলেন লোললোই ইয়ৈবী কৌবদি কদৌনোংগীনো। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা লোইমোম ফৌওইবী খোইনৌ মতা তরুকমনা। থোংনাং কারোকলৈ ময়াং কাফাইরৈবু তাংথগে ইন্দানখিবদা। আমচি নুংলাইকোন্না লাইজ মথিনাই ইমু মরাংহৌনা মেল্লাংতনবা খুয়ৌচোংঙম্বগী। খোইনৌ মতা খোংজি নুংলাইবা চনু লেমলৈ ঙারা ঙাওইবীদি। লাইজ ঈদা হৈবনিগীনা ঈমু খোঙকাওনা ঈঙৌ শাৱাইননা লাইজ ঈরানখিয়ে। য়োইবু খোইমোম ফৌওইবীদি লাইজঈদা হৈতবনিগীনা লাইজ ঈরান ঙমদরে। খোইমোম লাইরেম্মনা লাইজ নংদি করিগী নথিনাই ঈমু মরাং হৌঙম্বনো হায়না। লাংলেল কোংয়াং মচৈশুনা লাইজ ঈদা খায়না য়ৈরময়ে লোললোই ইয়ৈবী-ও কৌয়ে। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*নোংচুপ মায়কৈগী লম অমবু ইয়ৈবী কৌখিবদি করিদগীনো। ফৌওইবী লাইবেম্মা মতা তরুকনা ময়াংগী লম কারোকলৈ অমসুং কাফাইরৈদা লৈরুগে চৎখিববু। আমচি নুংলাইকোন্দি ঈশিং ঈহৌরক্লনা চাওরল্লবদগী মতা খোংজি নুংলাইবগী মচানুপী ঙারা ঙাওইবীদি ঈশিংদা হৈনবনিনা ঈরোইদুনা লানখরে। ইবেম্মা ফৌওইবী লাইরেম্মাদি ঈরোইবা হৈতবনিনা ঈশিংদু লানবা ঙমদরে। ফৌওইবী লাইরেম্মনা শাওনা তুরেলগী ঈশিং নংবু করিগী অসুক চাওনা ঈহৌরম্বনো হায়না মখুত্তা পায়রিবা ৱাগী চৈশুনা ঈশিংদা য়ৈরম্মী। মরম অদুগীদমক মফম অদুবু লোললোই ইয়ৈবী কৌখি।*

*তাংথগে - লৈরুগে। ইন্দানখিবদা- চৎখিবদা। লাইজ মথিনাই ইমু মরাংহৌনা - ঈশিং খৎচাও চাওরকপা, ঈশিং ঈহৌরকপা। মেল্লাংতলবা খুযৌচোংঙম্বগী - কাওশীং কাওরা তাউথরম্বগী। লাইজ ঈদা হৈবনিগীনা - ঈরোইবা হৈবনিনা। ঈমু খোঙকাওনা - ঈশিংদা খোঙনা কাওবা। ইঙৌ শাৱাইননা - খুৎশানা ঈশিংদা হোৎপা। ঈমু ...শাৱাইননা - ঈশিংদা ঈরোইদুনা। লাইজ ঈরানখিয়ে - ঈশিং লাম্ভোকখি। লাইজ ঈদা হৈতবনিগীনা - ঈরোইবা হৈতবনিনা। কোংয়াং মচৈশুনা - ৱাগী চৈশুনা।*

## ইয়োক কোম

কৌবা মাতাইমাদি ময়ুম কেগে মোইবাংনা লাইজ ঈশিংবুদি লোকলৌও কৌয়ে। কোংয়াং চুপলেনয়ুংনা শঙবুদি সাৱা ঙাংসঙ কৌয়ে। সাৱা ঙাংসঙলৈনা শানা লাইজ ঈশিংবু য়োকলময়ে। অদুনোংগীবু লোকলৌ ইয়োক

কোম-ও কৌয়ে। ***( লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোন)***

*লমদম অমবু ইয়োক কোম কৌখিবদি। মোইরাং লমগী মীওইশিংনা ঈশিংবু লোকলৌ কোই। রা য়ুংদুনা শাবা শগুনা সান্না ঙাংসগু কৌই। রাগী শগু শাদুনা ঈশিংবু য়োক্লম্মী হায়বদগী লোকলৌ ইয়োক কোম কৌনখি।*

## ইরঙ থোংঙাইপাল

লমলেন শেল্লোই মাতাইমাতা। লংমাই পাখং লাংম্নাপা তারামঙামক্কা । নুরা লাংম্নাপী তারমঙামক্কা। অথেংতুম থেংনাতি লমওকনারে। পাখং লাংম্নাপা তারামঙামানা রাহমখি। খোয়নৌ য়ীমালমাচা নুরা লাংম্নাপী তারামঙামক ও। হয়েং কৌপা নোংকা সোয় লোইয়া তমকা ঙাল লৈমুরাপা মাশোংচাউ লৈহৌরাপানা মাঙাল লারকলাপাতা অনৌপা অমরক লমওকনসে হায়না লাইচা য়ীশিং চাইনাতি শিঙনারময়ে। অতুনোংকিপু য়ীরঙ থোংঙাইপাল ও তৌনা কৌয়ে। ***( থোংজোমনুপী নোংকারোন )***

*নোংমাইচীংগী লমদম অমদা লংমাইপাখং লাংম্নাপা তরামঙাগা লৈশাবী লাংম্নাপী তরামঙাগা ইখঙ খঙহৌদনা তাঞ্জা চানা উনরে। লাংম্নাপা পাখং তরামঙামকনা হায়খি। হৌমিন কামিন্নরক্লবী নুংশি পুক্লীং তিন্নবী লাংম্নাপী তরামঙামক ও। হয়েং নোংঙান্দুনা নুমিৎনা মপুঙ ফানা থোক্লবা মতমদা অমুক্কা হন্না উনসি হায়দুনা মপা মপা ঈফু কাওনদুনা ঈশিং চাইনরম্মী। নুমিৎ অদুদগী মফম অদুবু ইরঙ থোংঙাইপাল কৌখি।*

*লমলেন - লমদম, মফম। শেল্লোয় - নোংমাইজিং চীংজাও। নুরা - লৈশাবী। অথেংতুম থেংনতি লমওক্লবে - ইখঙ খঙহৌদনা উনরে, থেংদুম থেংনরে। রাহমখি - রা হায়খি। খোয়নৌ-মতা, হৌমিন্নরকপী। য়ীমালমচা - মরা, মতু। হয়েং কৌপা নোংকা সোয় - হয়েং নেং ঙাল্লগা। লোইয়া তমকাঙাল - চীংখোঙ চীংয়া তম্পাক্লা ঙাল্লবদা। লৈমুরাপা মাশোংচাউ - অমম্বনা মপাঙ্গল কল্লিঙৈ, নুমিদাং ওইরিঙৈ। লৈহৌরাপানা মাঙাল লারকলাপাতা - অমম্বদগী লৈহৌচাউনা হৌগৎলক্লুনা মঙাল লাক্লবদা, নুমিৎ থোক্লবদা। অনৌপা অমরক - অমুকহন্না লমওক্লসে - উনসি। লাইচা য়ীশিং চাইনাতি শিঙনারময়ে - মপা মপা ঈফু কাওনদুনা ঈশিং চাইশিন্নরম্মী। অতুনোংকিপু - নুমিৎ অদুদগী।*

## ইরাওখু

(১) নোংয়াই হাওবা অথৌবগা রাংখৈ খোইয়া অথৌবগা চায়না খোংফেন্না তিমেন তা - চায়নঙৈদা। নোংয়াই হাওবা অথৌবগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি পানবী লাংপান তুরে। রাংখৈ খোইযা অথৌবগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি নোংয়াই হাওবা অথৌবগী খৌরী চাকয়োৎ লমদা পাল্লে। নোংয়াই হাওবা অথৌবদি থিঙলৌ নীংনা তেনা হুয়েল লালচেনখিরে। নোংয়াই ইশিংপা খুমল ঙাথিবা কনাকুম্ববু লৈবনো হায়না লাওববু মখোল খুরে। থৌবাল মোইচাচীঙ ইরাওখু ও কৌয়ে। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা )***

(২) নোংয়াই হাওবা অথৌবগা পোইরৈ মৈতৈ রাংখৈ খোইয়া অথৌবগা তিমেন তা - চায়না মরোং চুংফুনৈয়ে। নোংয়াই তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি পানবী লাংপান তুরে। রাংখৈ থোইয়া অথৌবনা ফেল্লবদি খৌরী চাকয়োৎলমদা তা পাল্লে। নোংয়াই হাওবা অথৌবনা খোয়মা মমায়লৈনা নোংয়াই মপাচা অদোন ময়েল্লু লুফুই নামথুম্বা শোইরেন খমঙাকপা নোংয়াই ইশিং ঙাথিবা কনা লৈবনো হায়না লাউববু মখোন খুরে ইরাওখু থোন্নৈয়ে। ***(চায়নরোল )***

*চায়না খোংফেন্না তিমেন তা চায়নথৈদা - তা লংনদুনা লাল তৌনথৈদা। তিমেন মখুৎশুনা - মখুৎশু তানা। ফেল্লবদি - লংলবদি। পানবী লাংপান তুরে - লাংনা পানবীদা থিল্লে। খৌরি চাকয়োৎলমদা - খৌরি চরমদা। থিঙলৌ নীংনা তেনা - হন্দুনা। হুয়েল - লাল। লালচেনখিরে - লালফমদগী চেনখি, লালফমদা মায়থীদুনা চেনখরে। নোংয়াই ইশিংপা - ইশিংলগা ঙা ফাবা খুমনগী মী। তিমেন তা চায়না মরোং চুংফুনৈয়ে - চুং-তা পায়নদুনা লাল তৌনৈয়ে। খোয়মা মমায়লৈনা - মমায় লৈদুনা চেনবা। নোংয়াই মপাচা অদোন ময়েল্লু - খুমনগী মচিন মনাও, শাগৈ নাতৈ। লুফুই নামথুম্বা - লু থুম্বা। শোইরেন খমঙাকপা - ঙাগী শোয় ঙাকপা। ঙাথিবা - ঙা ফাবা। মখোন খুরে - মখোন পিক্লে।*

## ইরাল লোইথালৌ

হাওরৈ খানা পাংবরম থিঙপাই নোংমাঙবা খাল্লে লৌতাৱাই। ইরাল লোইথালৌ খোইমোম লাইরালচিঙ খুমল ললপা হিয়াংথাঙ লাল্লোই খাকোকতা ও। ইরেম লাই পাখারা মচিঙচিন থিঙপাই নোংমাঙবা খাল্লে লৌতা ৱাইবু ইরাল লোইথালৌও কৌবদি কদৌনোংগীনো। অদোল থিঙপাই নোংমাঙবনা খাল্লে লৌতাবদা। মদাইরেম পাসিখু লাইৱাংলা পাসি পানোমউ হামেংসেলনা। হাওমল খোইপাকশা ঙাইরোং পোৎতমশেমনা লোইথারকয়ে। অদুনোংগীবু লোইথালৌও থোন্নৈয়ে। ইরাল ও কৌবদি হাওরৈ নোংপোকলা পাংবরমগী লাইজ ইরিকলাইনা হাওরৈ নোংচুপলা পাংবলম লানথখিয়ে। অদুনোংগীবু ইরাল ও কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*হাওরৈ - মায়কৈ। খাল্লে - লৌ। লাল্লোই খাকোকতাও - কোম্বারোনগী মতুংইন্না হিয়াংথাংদগী ফৌগাকচাও ফাওবা সেগা লম্বী সোরোক্কী নোংপোক থংবা লমবু লাল্লোই কৌই। মদুগী মনুং চন্না লৈবা খাকোক তাও হায়না খঙনবা লম। খাল্লে লৌতাবদা - লৌবুক্তা থবক শুবদা। মদাইরেম - মনাই। হাওমল খোইপাকশা - শিংপাক। ঙাইরোং পোৎতমশেমনা - ঙাইরোং মপোৎ শেম্না, ঙাইরোং কৌবা উ পাম্বী মখল অসি চীংদনা অয়াম্বা হৌই। মাগী মপাল মহৈ অনীমক শীংজুদা শিজিন্নৈ। লাইজ ইরিকলাইনা - ঈশিংনা। লানথখিয়ে - চেম্থখি।*

## ইরিল তুরেল

নোংমাই নিংথৌ কায়নচীংশোলবা নিংথৌগী মতমদা ইরৈমনা তাল্লোই ওই। ইরৈমনা লাকপগী মরমবু ইরিল তুরেল কৌই। ***( নোংপোক লৈহৌচিঙ )***

## ইরিল লোং

লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবদি [১] তুরেল খুনিং খুয়াথেক মোংবা হুমজিল হুময়া শোঙবু তুতেংথরকয়ে। [২]শোইরৌ খামলৌগা লুথুম লাংথাক্কা মুনম খোইনমগা তমথখিয়ে। [৩] নেম্বী শিংনাং তানা কাওথখিয়ে। [৪] পাকনা চাওনা নেনথখিয়ে। [৫] লাইরেল থরৈ মফাওথরক লেমলৈ মহুনথরক্লবদা। [৬] মশানৌ লিলৱাই ঈ-মরুগী থৌনারকপা য়োইহৈতোন তাওথিংমাংনা। মশাবী লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংববু কৌনা কৌনা ইন দাল্লকপদা। ঙাংঙোই য়োইমোংবদি। [৭] থুমনাও পুম্না হুপনা থৌনাবনিগীনিনা। [৮] তানফংদরবদা। মশানৌ তাওথিংমাংনা লিলৱাই মদাইমা উরুপ পোংহৈথাবু য়ৌরবদা। [৯] খোইমা লাংদোনথক্তা তোংনা [১০]চেক্লা য়োমদম পাইঙাম্বদা পাওহংববু। নশাবী য়োইজিংলেন তমহৈবদি থুমনাও পুম্না হুপ য়েন্নাও পাকনা তাইনা থৌনাবা

অসিনে পাওতাকখোনগী। য়োইহৈতোন তাওথিংমাংনা মশাবী লাইরেল ঙাংঙাই য়োইমোংবগা লমওক্লরে হায়দবরা। অদুনোংগীবু লমলেন ইরিললোংও তৌনা কৌয়ে। *( তুতেংলোন)*

*লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবা -খৃ : ১৫৪ দগী ২৬৪ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ খুয়োই তোমপোক্কী মচানি। খৃ: ২৬৪ দগী ৩৬৪ ফাওবা পানখিবা মৈতৈনিংথৌ তাওথিংমাগীনা ময়াম্বনি।[১] তুরেলগী তোরৈ তুথেক খুদিংদা অশোংবা অফুনবা পুম্নমকপু তেংথোক্লকই।[২] লুথুম লাংথাক্লনা মু নমদুনা ঙাফাবা শোয়চাবা কয়াগা লোইনখি।[৩] নাপী শীংবী পুম্নমক ফুক্কোক্লনা তাওথহনখি।[৪] পাক্লা শন্না তেংথখি।[৫] য়োইমোংবনা খা মায়কৈ কুমথরকপদা।[৬] ইরিল তুরেল মরুদগী থবক শুরকপা।[৭] পুল্লপ পুন্না থবক শুরকপনিনা।[৮] তানবা ফংদরবদা।[৯] নাপী মতোনথক্তা।[১০] উচেক শঙ্গু পাইরম্বদা।*

## ইংথি (নিংথি)

(১) চকপা অংকোয়ি য়িংথি য়িয়াচাউৰো কৌপতি কতৌ নোংকিনো। কপো সামপা লায়রপানা কোৰৌ নুমিৎমাতি পাংকা কৈথেন লেনতা কামপা চোংতাই য়োননা নোইনু মচেৎমাকী লোইপী চীংকাকলে কাকলেন মীঙমপাপু লৈরকয়ে। কোৰৌ নুমিৎ অমাতা সেকমু কৈথেনলেনকী কামপা চোংতাই য়োননা। মপল নোংপাল য়ৌয়েংপিচা চীংয়াইখু য়োংনাউপু সাতিকলকয়ে। কৌৰৌ নুমিৎ অমাতি সনলম কৈথেনলেনকী কামপা চোংতাইয়োননা। নোইনু মচেৎ মাকী খোঙপাল য়াঙনম পাৎয়ায় লুকাইপা খোংপাল ঙারোকপাপু খাললকএ। কপো সামপা লায়রাপা মাতাইরেম মপল নোংপাল য়ৌয়েংপিচা চীংয়াইখু য়োংনাউপা লোকনুং ৰূবাউপানা। হয়রাং অসংয়েং তাউচিং অমুন খননা কপো সামপা লায়রাপাতা ৰাইথুংলৈএ। মাতাইলেম লোইপী চীংকাকলেন কোৰৌ নোংসায়াইপানা। থুমনাউ চঙনা ৰাই য়েননাউ পুমনা চেন্না ৰাইথুংলৈএ। খোংপাল য়াংনম সানম ঙাহৈপা খোংপাল ঙারোকপানা লেমলৈ ঙাতেক লাংনা ৰাইথুংলরাপাকী। কপো সামপা লায়রাপাসুঙ কোৰৌনোংতামতা থপী নোংলেপতানা নাউয়োকখিএ। চীংয়াইখু য়োংনাউকা লোইপী চীংকাকলেনকা খোংপাল য়াংসনমকা মতাইলেম অহুমমানা ৰাতানাখিএ। য়িপুংঙু পো সামপা লাইরাপাকীতামকপু তালোই তুথিপিসে হায়না পাউমেননারাপাকী। কপো পাংকা মনিংথৌনা তোংচেং খারা পানথকতা মোলাং সনম ঙাইখাংয়ৈপাপু। তোংচেং লুখাংথোংনা মালং নোংসা য়াইপাতা। লোইপী চীং কাকলেননা মোলাংথাতা পমনা ৰাইখৎখিয়ে। পামেল উনামতাম কোৰৌ ঙমথংবু ৰাংপল ঙমলোননাপা পামেল উতোল অৰাংপাতা থমলুরে। কপো পাংকা মনিংথৌনা মোলাং মঙাইখাং য়াইৰোইপাপু পামমুপাকী। সেনপী য়িপাচা কপো য়িয়েনলুসিংৰো। তলা অঙনপা পামেল অরেমপা অসিপু তলা খাংৰাইকানা পামেল করম কানা পামসিৎসিপানো। তনপা কনা ঙমকাপানো হায়না পাউহংপাপু। কোৰৌ ঙমথংপা ৰাংপল ঙমলোননাপানিকিনা পামেল খাংৰাই কাঙমতানা লৈরপাপু। কপো সামপা লায়রাপানা সেনপী লয়মাপা পাংকা য়িনিংথৌৰো। নতাইলেম ঐকী চীংয়াইখু য়োংনাউ মপল নোংপাল য়ৌয়েংপিচাপু লৈয়ে হায়না পাউতাকলপাতা। চীংয়াইখু য়োংনাউনা তলা চেনকানাখিরে। পামেল উতোলথককী মোলাংথাতা পমনা পামেল চেনকুমলাপাতা। তলা খাংতপমাকী মোলাং খুয়োনথানা চকপা অংকোয়িকী লাইচা য়িরেনপুংতাপু লুপখিরে। পাংকা মনিংথৌনা মোলাং য়াইৰোইপা অসিপু লাইচা য়িরোননুংকী কনা থিখঙহনসিপানো হায়না পাউহংপাপু। কপো সামপা লায়রাপানা পাউখুমলকয়ে। নতাইরেম ঐকী খোংপাল য়াংসনম সনম ঙাহৈপাপু লৈয়ে হায়না পাউখুমলাপাকী। মতাইলেম খোংপাল য়াংসনম পাৎয়ায় লুকাইপা খোংপাল ঙারোকপানা লাইচা য়িরোননুংকী মোলাং সনা য়াইৰোইপাপু য়িনুংলাইচাখাকী মোলাং থাতা পমনা থিখঙলকলে। অতুনোংকিপু য়িংথিৰো তৌনা কৌএ। কপো পাংকা মনিংথৌনা তয়ম সামপা লায়রাপাৰো। মোলাং ঐকী য়িনমখাঙ য়াইৰোইপা

অসিপু। তয়ম নঙনা করম থিখঙহনপানো হায়না। মমোম লাংখমনু অহনপীপু মরান লোনয়িম ঙাকমননারো হায়না লনকুপিখিএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

(২) য়িংথিও কৌবদি কদৌনোংগীনো। শেনবী ব্রাহায়না কবো তেংথানা মোনবুদি য়েং ও কৌয়ে। পাংকা মনিংথৌকী মোনলাং মাঙাইখাং য়াইওইববু তোংচেংখারা পনথক্কী লোইবী চীংগী কাকলেননা ব্রাইথোকখিয়ে। লাইজ ইরেনপুং চকপা অংকোয়িদা তারে। মদাইরেম খোংবান য়াংশানম য়াওরৌ শানমবনা থিখংলুইয়ে। অদুনোংগীবু য়িংথি- ও থোন্নেয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## ইকোপ

(১) থাঙব্রায় মদাইমদি ইকোপও কৌবদি। লাংগোই ইনিলবা শগোল ইথকপদা কোনচল য়াচল য়োৎপু হিকথোকলে। খোইয়ম লাইয়িংথৌনা লাংগোই মকোক পায়না চল্লময়ে। অদুনোংগীবু ইকোপও তৌনা কৌয়ে।
*(থাঙব্রায়রোল)*

*অরাং মায়কৈগী লমদম অমবু ইকোপ কৌবদি লাইগী শগোল অথকপগী য়াচল য়োৎপু নাম্থোকপদগী লাইনিংথৌনা শগোল মকোক পায়না য়াচল চল্লময়ে। মরম অদুদগী ইকোপ হায়না কৌখি।*

(২) অদোন নোংয়াই খুমননিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গ্রাইবগী কাওরেল মশলচা ঙাংবা পামহৈবগা। হুইদাও নিংথৌ য়েনকাইবা কাওরেল মশলচা মানবী চীংলোইবগা কাওরেল লাইথেংথোইনা মানবী চীয়েনগে তেনশীংনববু। অদোন চীংখোঙ থোঙ্গ্রাইবগী কাওরেল মশলচা ঙাংবা পামহৈবনা মানবী চীংলোইববু কাওরেল খুমাঙহোৎনা হামুল পাম্বী লেপতম হাইনা তেনশীংববু। মানবী চীংলোইবনা ঙমগবরা ঙমদে ঙাংবা পামহৈবনা হামুল পাম্বী লেপতম নৈববু পামবু হাইকু হাইথোক্লে। কাওরেল মচীং কোক্লে। অদুদোংগীবু লমলেন ফেনচিকোপ ইকোপ লাইপন শোই তৌনা কৌয়ে। *(শন কাও)*

*হুইদাও নিংথৌ য়েনকাইবা - হুইদাও কাংবুগী য়েনকাইবা কৌবা নিংথৌ। কাওরেল - শল লাবা। মশলচা - মাগী শল। লাইথেংথোইনা - ব্রাইনদুনা। মানবী - শল। চীয়েনগে - মচী থেংজিন্নগে। তেনশীংনববু - শীংনববু। ঙাংবা পামহৈবা - ঙাংবা পামহৈবা কৌবা শল। চীংলোইববু - চীংলোইবা কৌবা শলবু। খুমাঙহোৎনা - মখোঙ খুমাঙনা লৈবাক্তা হোৎনা। হামুল - নাপী। হামুল পাম্বী লেপতম হাইনা - নাপী পাম্বী হাইদৎতুনা। হামুল পাম্বী লেপতম নৈববু - হৌদুনা লৈবা নাপী পাম্বীবু। পামবু হাইকু হাইথোক্লে - পাম হাইবগুম হাইদোক্লে, পাম য়ানবগুম য়ানথেক্লে। মচী কোক্লে - মচী কোপলে, কায়রে।*

## ইখাম

লৈমা য়াংতৌ অতাউপীতি মপারি হারি খোলতৈপাপু খাইনারমরাপাকা। অৱাং লাইনা পাংপালমতা খোয়নৌ মাতা মাঙামাপু কৌনা কৌনা কারক্কুনা। খোয়নৌ মাতা মাঙামকপু খামলে হায়পাকিপু য়ীখামও থোলনায়ে।
*(খোংজোমনুপী নোংকারোল)*

*য়াংতৌ অতাউবীদি লম্বীদা মকুম মথা শুরকতুনা মচানিপা হারি খোলতৈপাপু পোক্কুনা খাইনরম্লগা অরাং মায়কৈদা মতা মঙাবু কৌনা কৌনা কারক্লে। মতা মঙামকপু খাম্মী হায়বগী ইখাম থোনখি।*

## ইতৈ মপাল

অহোং অরাং ইতৈ মপালও কৌবদি। মপল থাংয়িবা মরমলেন পোইরৈ লমদাং সাং থোংনাংচিরি মরমলেন থোইনু অহোঙবী ঙাতাসল থোইনু থোইকাপাক কাওরেল থরো অরাংবা তাংজ মখোঙকুনগুম্বা মপল তাংজ মখোঙখুলবু। পোইরৈ মৈতৈ ওন্না লাওনা হোংনা তাক্লময়ে। অদু নোংগীবু অহোং অরাং ইতৈ মপাল ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মপল -মপা। থাংয়িবা মরমলেন - চেংলৈগী লম। থোংনাং - ময়াং। চিরি মরমলেন - জিবিগী লমদা।*

## ইথেংকোন

(১) লিনরাই ক্বাইয়িগা লমলোই মংলোনয়িগা লাইজ অনিমবু থেংনরে। অদুনোংগীবু ইথেংকোলও কৌএ। *( নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*লিনরাই খাই তুরেলগা লমলোই মংলোন তুরেলগা ঈশিং অনী (তুরেল অনী ) থেংনরে হায়বগী ইথেংকোন কৌই।*

(২) লয়রায় মুংপীমাতি। নোংয়াই য়াওপাকোল হুইলৌ অচনপা লাইচা য়িথিংকোন ও কৌপাতি। নোংয়াই ওনপমচাকা অতোন য়ামপমচাকা। সীংনাং চোমচাউ য়ান নেমপী তোনকক লৌপাতা। মচাকয়োমকা লেমলৈ মঙায়োমপু। য়াংলৈ তাউপা মহুইচা কোয়পা লাংপা অনীমানা য়াওচারাপাপু মিৎয়েং সানখৈতাখিয়ে। নোংয়াই ওনপমচানা পাথৌ অতোন য়ামপমচা ও। তরা ইচাকয়োমপু নঙ লৌপারা হায়না পাউহংপাপু। পাথৌও লেমলৈ ইঙায়োমতুম নঙ লৌপারা পাউখুমখিয়ে। তৌয়িকিতি খোইয়ম লাইনা য়েংসুনো। নোংয়াই য়িপল লমনা চুমসুনো লাইচা য়িরোইনাসে হায়না সীংনখিএ। সঙতিং লোনঙৌ চিননা লাইচা য়িরোইনাপাপু। অতোন য়ামপমচাপু সিকাপারা সিতাখিএ। য়াংলৈ তাউপা মহুইচা কোয়পা লাংপা অনিমাপু। লাইচা য়িনা থিংলৌএ খোইমোম লাইনা লৌরৌএ। লাইচা য়িথিংকোন পুইরৌ অচনপাও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*লয়রায় মুংপী মাতি - লৈরায় অতোংবা অমদি। নোংয়াই ওনপমচাকা অতোন য়ামপমচাকা - খুমনগী ওনপমচা কৌবা য়ামপমচা কৌবা মী অনী। সীংনাং ... লৌপাতা - শীংনাং য়ানবদা। মচাকয়োমকা - মাগী চাক ময়োমগা। লেম্লৈ -ঙা। মঙায়োমপু - মাগী ঙা ময়োমবু। য়াংলৈ তাউপা মহুইচা - মখোয়গী হুই। কোয়পা লাংপা অনীমানা - কোয়পা কৌবা লাংপা কৌবা হুই অনীনা। য়াওচারাপাপু - চারববু। মিৎয়েং সানখৈতাখিয়ে - উখিদে। তৌয়িকিতি - তৌবগীদি। খোইয়ম লাইনা য়েংসুনো - লাইনা অচুম্ববু খঙসনু। নোংয়াই ... চুমসুনো - খুমন লমগী লাইনা অচুম্বা খঙনা ৱারকসনু। লাইচা য়িরোইনাসে - ঈশিংদা ঈরোইনসে। সীংনখিএ - ঙম্বা তান্নখিয়ে। সঙতিং লোনঙৌ চিননা - ফিঙৌনা কোকয়েং য়েৎলগা। লাইচা য়িরোইনাপাপু - ঈশিংদা ঈরোইনববু। সিকাপারা সিতাখিএ - শিগবরা হায়ববু শিখিদে। লাইচা য়িনা থিংলৌএ - ঈশিংনা ফাখিয়ে, ঈশিংদা লুপখি। লৌরৌএ - লৌখি।*

## ইনফম অচনবা

তোরয় নমসাংমাতি। কেকে মোইরাংনিংথৌ অতোনলককী লোইচাওমপা মরুমপী তোনচাউনু কৌপীনা। য়িনফুই মায়রং সোন হংকেন তাইখাংলাকনা লেমলৈ ঙাতাইএ। য়িনফম অচনপাও কৌএ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## ইপুৎকোম

কেগে য়িপুৎকোম মোইরাং ব্রাকোংপলও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহাননোং কুরু সিদবনা খোইয়ম লাংবুম অরিববু তাইবং কলি মৈনা চাকলকপবু। খামবী মৈনিন ঙাকও হায়না ঙাকহনখিয়ে। খোইয়ম থোংনাং লাংবুম অরিববু খামবী মৈনিন ঙাকহনববু খামবী মৈরিক মাবু চোংচিনখিরে। কুরু সনা মহকচাংদা চকমোম খামবী মৈনি চুরাবগী। থোংনাং লাংবুম অরিববু য়োৎহিং হংকা চাননা ব্রারকনখিয়ে। য়োৎহিং হংকা চললাবগী হয়িং পেংলোই ইন য়াব্রা সুচানম তিকতা লাইকোই থোংলাবগী। তিনবী লাইচা য়িতা তাখিবনা চেকলা পোনবী উফোং তৌকাবিবু সানওলখিয়ে হায়দবরা। চীংঙু থোংনাং লাংবুম অরিবদি য়াঙবী খুফম হোংদবা সব্রা পাফল নীকতবগী সমু মঙকলিদা য়োৎহিং হংকা চনববু। লাইচা য়িপুৎ কোমকুম মপুৎ মপুৎ চাফৎলববু লাইচা য়িদা কুমনা সেংথোকলে হায়বগী। কেগে লাইসেংপাৎ মোইরাং য়িপুৎ কোমও তৌনা কৌএ।

*(মোইরাং কংলৈরোন)*

## ইরানফম

মোংপা তোবমমাতি। চীংখোং পোইরৈতোন মমা লয়নুংপিয়াইনুচা খুনপী পোংমহল খুনুং য়োইচাখা চাখা অরিপানা। মপারি খাইনা য়াম মমোম তোকনা হকলাপাকী তমকপু। পোইরৈ সিতাপা হেমপা নাতাপাপু খুনথিরকপতা। লৈমা লৈনাউ তাপীকা লাইচা য়িরেনপুংপু ফৈনা সমনা লানখিরে। চীংখোঙ পোইরৈতোন য়িরানফমও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## ইরোই

কেগে লাইকমতাক মোইরাং কুরেকচয়বু নাতৈনানা। কেগে কংলৈ মদাইমদি য়িরোয়ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নিংথৌ মপুথিবা মমোমলোন সৌপোন য়াইরেন চনু সানৌ মচিল মনাউনা খানলৈ লৌতাখিবদা। লাইজ য়িসিং তমলেন চাউঙমলাবগী সামবা য়িরোয় তমনা লানখিয়ে হায়বগী য়িরোই ও কৌএ। *(মোইরাং কংলৈরোন )*

## ইরোং

হিথেল নমসাংমাতি। লৈমা লৈনাউতাপীকা চীংখোঙ পোইরৈতোনকা লাইচা য়িরানপাতা। লাইচা য়িসামা হাওরৈ নোংচুপ থংপারমতি নুংখেন চামিয়িনে লাইচা য়িনুংহকতে। লাইচা তুসামাতি হাওরৈ নোংপোকলা পাংপারমকিতি মেনাং তনপা খুয়ৌ ঙামচাউ হুলএ। চীংখোঙ পোইরৈতোননা সাপী ইতে লৈমাও । লাইচা য়িরোননুংতা চেঙচা য়িসং থাংএ থৌতু নুংনানথকানে। মাব ইখোঙখুনপু য়িললকও কৌনা কৌনা লাইচা য়িপু লাললকএ। লাইচা য়িচিলসুং অনি লোঙএ। কৌপা য়িরোংও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*হিথেল নমসাংমাতি - হিদেল অশাংবা অমদি। লাইচা য়িরানপাতা-ঈশিং ইরানবদা। য়িসামা -তুরেল খাইদোক্লকপা অমা, ঈশিং ইচেল অমা। নুংখেন চামিয়িনে - নুংখেনচামি কৌবা তুরেলনে। য়িনুংহকতে - ইচেল কন্দে, য়াম্না লুদে। তুসামাতি - তুরেল মশা অমদি। হাওরৈ - মায়কৈ। মেনাংতানপা খুয়ৌ ঙামচাউ হুলএ - ইচেল কন্না লুনা চেল্লি। য়িরোন নুংতা ঈশিং মনুংদা। চেঙচা - নুং। য়িসংথাংএ - হিজং হৌই। থৌতু -নুং। নুংনানথকানে - নুংদা নানথুগনি। মার ইখোঙখুনপু য়িনলকও - ঐগী খোঙফম ইন্দুনা লাকউ। লাইচা য়িপু লাললকএ - ঈশিংবু লাম্লকই। লাইচা য়িচিলসুং অনি লোঙএ - তুরেল ইচেলসু অনী লোঙই।*

## উঙামরেন

কেগে সোয়বা উঙামরেন কৌবদি কদৌনোংগীনো। মোইরাং নাইফা উঙামথাবগা মরুমবী সিলতা অখোম অয়াঙফাবীগা তরা চায়োমতম ব্রাংলৈ খুমরোং হালনা ঙাইখমববু । তুরেল লাইজ ইনুংহক ইমু খমতৌচোং ইঙৌ খাপং থোকপালমদা নাইফা উঙাম থারকপবু । লাইজ ইনুং হকপা চকপা অংগোঈ ইংথি ইয়াচাওদি খাগাথা । থোংনাং ময়াং থ্বাই ঈ উতি সমখোম ঈ থ্বা ফানসংঈদি য়ায়গা চন। পোইরৈ মৈতৈ ঈ চীংবল চারা ঈ তুরেল লোকচা মংচাঈ সারোল মংলোন ঈ না থককা থোননা চেনবনিগীনা । ঈমু মঙাওহৌ ঈঙৌ মথিনাই লাইজ খমতৌচোংবা উঙাম ফৈনা তাউথরে। মরুম সেলতা অখোম অয়াঙফাবিনা থংলেন নংবু উঙাম চেপনা থৈ লাইজ থাথিলপেকনা ঈঙৌ খলমুকনরকও । নরুম ঐসুঙ লৈরাই চাংজৌথককী সামপা ঈরোই তমনা লামখৎলককে হায়বসু সোয়নরে । অদুনোংগীবু কেগে সোয়বা উঙামলেন মোইরাং নাইফা নাহা উঙামলোকও তৌনা কৌয়ে । *(মোইরাং লৈকোই পুং)*

*উঙামথাবগা - উ ময়াম খাবক লাক্লুনা ঈশিংদা তাউথহল্লকপগা । মরুমবী - মতু । তরা -চাক । চায়োম তম - চাকয়োম, চয়োম পুরকপা । ব্রাংলৈ খুমরোংহালনা - য়ু চফুদা হাপ্তুনা । ঙাইখমববু - ঙাইববু । ইনুংহক - ঈশিং অরুবা । ইমু খমতৌচোং ... থোকপালমদা - ইচেল কনবা লমদা । ইংথি ইয়াচাওদি - নিংথি তুরেল অচৌবদি । খাগাথা - অনেম্বদা লৈবা । থোংনাং ... য়ায়গাচন - ময়াং লৈবাকলোমদা চেনবা থ্বাই তুরেলনা ময়ায় থংনা । ঈ - ঈশিং । থককা থোননা - মথক থংনা, অরাংবদা । চেনবনিগীনা - চেনবনিনা । ঈমু মঙাওহৌ ... চোংবনা - ইথক ঈরৈগা লোয়নননা ঈশিং কন্না চেক্সবকপনা । থংলেন নংবু - ইপুরোইবা নংবু । লাইজ থাথিলপেকনা ঈঙৌ খলমুকনরকও - ঈশিংদা কন্না হোৎতুনা চঙশিল্লকও।*

*মোইরাংগী লমদম অমবু সোয়বা উঙামরেন কৌখিবদি করিদগীনো । মোইরাংগী নাইফা কৌবনা ঈশিং ইচেন কনবদা উঙাম তাউথরকপদা মাগী নুপী সিলতা অখোম অয়াঙফাবীনা চয়োম য়ুখোমগা ঙাইজববু । কবোগী নিংথি তুরেল অচৌবদি অনেম্বদা চেনলি, ময়াং লৈবাক্তা চেনখিবা থ্বাই তুরেলসু ময়ায় ওইনা চেল্লি। মৈতৈ লৈবাক্তা চেনবা তুরেলদি অরাংবদা চেনবনিনা ইচেল ইরৈ কনবনা উঙাম চুন্না তাউথবা ঙমদরে । মাগী নুপী সেলতা অখোম অয়াঙফাবিনা ইপুরোইবা নংবু ঈশিং কন্না হোৎতুনা উঙাম পুশিল্লক্লবা হোংনৌ । ননাও ওইবী ঐসু লৈরাইথক্তগী ঈরোইদুনা চিংশিল্লগে হায়ববু শোয়নরে । মরম অদুদগী মফম অদুবু কেগে সোয়বা*

*উঙামলেন মোইরাং নাইফা নাহা উঙামলোক কৌখি।*

## উচানপোক

(১) শেল্লোই মখলমা লংমাই ওকচন লোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো হায়রবদি । মৈদিংঙু লাইরেন শেনবী খাগেম্বনা মদাইরেম পুরুম মেনাংআগা হুইরেম মেনাংআগা মুবা লংমাইথেম্বাগা মখোয় অহুম্মনা থিংলৌ পনজলব্রাই লাবা লাখাইব্রাইনে । ওকলেন লাবা খারোনবা থিংলৌ কোংহানবা ওকলেন কোল্লোনফদবা থিংলৌ পনজনফদববু শাউৎ কোংতাইলোন থিংলৌ থারোনপুনা ওকলেন শাপোৎ শেমলববু। শেল্লোয় চীংমাপানা তেকপী ওকমিংফান্না ওক কৌরকএ। লাইরেন শেনবী খাগেম্বদি লুকলেন পমনাহা পোইরৈ খুনফাংথৌগা তরা লুকমাইলেমনা মায়খঙলিঙৈদা। ওকলেন শাপোৎ শেম্লববু শাহুৎ কোংতাই লোল্লববু অনৌবা য়োইওইখিয়ে। ওকলেন খুমন হন্না হলব্রাইখিএ। অদুনোংগীবু য়াঙরৌ শা নোংমল্লববু য়োইওইচীং পুরুম মেনাংআগা শাশেমকোন হুইরিয়া মেনাংআনা পনজলব্রাই মুবা লংমাইথেম্বা থিংলৌ কোল্লোনফম । মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বা থেমথাকোন লংমাই ওকচন লোকও কৌববু । পোইরৈতা ফাথিবা ব্রাংঙম হাইমন তানবনা লংমাই উচানপোকও তৌনা কৌএ । ***(নোংমাইজিং চীঙোইরোন)***

*শেল্লোই - নোংমাইজিং চীংজাও । থিংলৌ পনজলব্রাই - শা ফাফম । ওকলেন লাবা খারোনবা - ওক লাবা অচৌবা। থিংলৌ কোংহানবা - ফাবা য়াদবা শা । ওক্লেন কোল্লোনফদবা - ফাবা পুনবা য়াদবা শা । থিংলৌ পনজনফদববু - ফাবা য়াদবা শাবু । শেল্লোয় চীংমাপানা - নোংমাইজীংগী মপী মপা ওইবা লাইনা । তেকপী - ওক । লুক্লেন পমনাহা - চাক চাবা, পুখম পল্লগা চাক চাবা । পোইরৈ - মৈতৈ । খুনফাংথৌ - নিংথৌ মহিশাং ফমদৌ মঙাইরোই, ব্রাংখৈরাকপা, খুরাইলাকপা, খ্বাইরাকপা, য়াইস্কুললাকপা, পুখ্রনবা, নোংথোনবা, হিয়াংলোই হঞ্জবা, শঙলেন লাকপা, চোঙখানবা হঞ্জবা ফম মাপন অসিবু খুনফাংথৌ কৌই । অনৌবা য়োইওইখিয়ে - হিংগৎখি । খুমন - ওক লাবা । হলব্রাইখিএ - হনখি। নোংমল্লববু - শিরববু ।*

*নোংমাইজীংগী লমদম অমবু ওকচনলোক কৌখিবদি করিদগীনো । মৈতৈ নিংথৌ খাগেম্বগী অচানবা মনাই পুরুম মেনাংআ, হুইরেম মেনাংআ, মুবা লংমাইথেম্বা অহুমনা শা ফাখিবা মফমনি। লাইওইরবা ফাহৈদবা অচৌবা ওকপু ফাদুনা চৈ লেঙলগা পুননবা পাবোৎ শেম্বা লোইরবদা নোংমাইজিংচীংগী মপী মপা ওইবা লাইনা ওক্কী মমিং পন্দুনা কৌরকই । মতম অদুদা খাগেম্বা নিংথৌদি মনাই পুম্নমক্কা লোয়ননা চাক চারি । কৌবগী খোঞ্জেন তাবদা পুন্দুনা থমলিবা ওক অশিবদু হৌগত্তুনা চেনখিরম্মী । মরম অদুগীবু শিরবা শাবু হিংগৎপা চীং, পুরুম মেনাংআ, হুইরিয়া মেনাংআ, মুবা লংমাইথেম্বা অহুম্না শা ফাদুনা শাপোৎ শেম্বা মফম, নিংথৌ খাগেম্বগী লৈফম ওইবা ওকচন লোক কৌববু মৈতৈগী ব্রাঙাং শৈথাহৈবনা উচানপোক ও তৌনা কৌখি ।*

(২) লংমাই থেনখাংমদি শেল্লোয় উচানপোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো । পামেল উনাম তাম কোংয়াং লাইব্রা মানবা পামেন মৈশনতাং উচান মৈরা লৈবু তল্লা উয়াম পোকএ । অদুনোংগীবু শেল্লোয় উচানপোকও তৌনা কৌএ । ***(নোংমাইজিং চীঙোইরোন)***

## উচিমৈ

ব্রাইরং উচিমৈ কৌবদি কদৌনোংগীনো । লাহন্নোং নয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোন খুনবী পোংমহন খুনুং য়োইচখা

অরিব্বনা মতৈরেমা লৈনাউতাবী খুনুং ঙানবা মপুনিংথৌ চনুকা অনিমকনা । সেনবী শিদবা কবো নাদবা হৈবু খুনথিরুরবগী মরান ওন্দেরকপদা। লৈমা লৈনাউতাবীনা চীংলেন নাপোম মমৈ হুইথখিবা অসিদি চিবা মমৈতোলবু করম মালবু মালবনো হায়না শোল্লময়ে । অদুনোংগীবু ৱাইরং উচিমৈও তৌনা কৌয়ে।

*( নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*চিবা - উচি । মমৈতোলবু -মমৈ মৈতোনবু।*

## উচিব্রা

লমলেন উচিব্রাও কৌবদি কদৌনোংগীনো । হুয়তাও খোঙতেন লাকাপীচানা মরান পামেল উহোঙগে হায়ৈঙদা। তুরেল মোংবা ঈবুফৈনা তুপলকপদা হিরি খোংচী তৎলে লাইজ ঈদা তুমলে । হুয়তাও খোঙতেন লাকাপীচানা । ইদাইরেম খোংনিঙচঙবা খুমন লাইশুচা চরৈ ফিদুং খাওন্ননা পামেল মিংথা লাউনা থালচেনবাও। লাইজ ঈরোন্নুংদা খোংচী নারেং লোললুও থৌশিজিনখিয়ে। অদোন লাইশুচাদি পামেল তুংইন্নবনিগীনা কোংয়াং উরাউচৈবু লৈরাই মুংবিথক্তা য়ুংলময়ে । লাইজ ঈরোন্নুংদা খোংচী নারেংলোনগে লুপচিনখিববু হুলব্রাইরক্তরে। হয়েং কৌবা চীংনুং শোয়রবদা লাব্রায় য়ুপুঙকোই য়ুনারেক চিবা মৈশাংব ফকলাং থেংকোইবা ওইনা থোক্লকয়ে। কোংয়াং মাগী উরাউচৈসুঙ লাংলেন মপানফা লোকলৌ সোইরেন হুল্লকলে । অদুনোংগীবু উচিব্রা ও তৌনা কৌয়ে । *( নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মরান- ময়ুম । পামেল উহোঙগে - উ হোঙদুনা কুম্মৈ তৌগে । হায়ৈঙদা - হায়ববদা । তুরেল মোংবা ঈবু - তুরেলগী ঈশিংবু। ফৈনা তুপলকপদা - তুবংনা লাকপদা । হিরি খোংচীতৎলে - উদা পুল্লিবা থৌরি তৎলে। লাইজ ঈদা তুমলে - ঈশিংদা লুপখরে । চরৈ ফিদুং খাওন্ননা - ফি লেংবান্দা খাওন্নবা । পামেল মিংথা লাউনা - উগী মতিক মগুন থাদুনা লাউবা, উমিং হায়বা । থৌশিজিনখিয়ে - থৌদাখি । অদোন - খুমন । উরাউচৈবু - উমিং লাউবদা পায়বা চৈ । খোংচী নারেংলোনগে - উ নারেংদা থৌরী লোনগে । হুলব্রাইরক্তরে - হুল্লক্তরে । হয়েংকৌবা চীংনুং শোয়রবদা - হয়েং নোংঙাল্লবদা । লাব্রায় ... থোক্লকয়ে - উচি ওইনা থোক্লকই । কোংয়াং - ৱা। লাংলেন - ৱা । লোকলৌ সোইরেন হুল্লকলে - উশোই চোংলক্লে, উনৌ হৌরক্লে।*

## উত্রারোক

লমলেন উত্ররোক কৌবদি কদৌনোংগীনো । মৈতৈংঙু সেনবী খাগেম্বনা পামেল উনাম তানা তল্লা পরেং শাববু শমু খুৎফাংলোইনা থিরময়ে । তল্লা উথিরোকও কৌববু পোইরৈতাবা থিবনা লমলেন উত্রারোক-ও তৌনা কৌয়ে। *( নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মৈতৈংঙু সেনবী খাগেম্বা - খৃ: ১৫৯৭ - ১৬৫২ ফাওবা মৈতৈগী নিংথৌ ওইখি । পামেল -উ । উনামতানা - ফজ্জবা উ অব্রাংবা । তল্লা- উ । শমু খুৎফাংলোইনা - মশাগী মখুৎনা পায়দুনা । থিরম্মী - মশীং থিরম্মী ।*

*উত্রারোক কৌখিবদি করিদগীনো । মৈতৈ নিংথৌ খাগেম্বনা উ পাম্বীশিংনা তিংনা পরেং শানা হৌববু মখুৎনা পায় পায়দুনা মশীং থিরম্মী । অদুগীদমক উথিরোক কৌববু পোইরৈ শৈশক শৈথাবশিংনা লমদম অদুবু উত্রারোক হায়না কৌখি।*

## উতিং

উতিংও কৌবদি । চীংখৈ নোংদম হুনবলাং । য়োইময়াই লাইরেল তাওদনবা খুম্ফোকলাং । মালংবনা ফৈতমলাং খমকোনবনা ফৈচিংলাং কোরৌ খলমুকলাং লৈচিন সিফালাংবদি তিংও কৌয়ে । অঙান মথোঙ হাংদবা অরাই লিল্লা তাক্তববু অমম সিফালিগাপুতি উ-ও কৌয়ে । অদুনোংগীনু উতিং - ও কৌয়ে । *( নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*চীংখৈ নোংদম হুনবলাং - চীংখৈ হুম্লকপগী মতম । য়োইময়াই লাইরেল তাওদনবা খুম্ফোক লাং - নুমিৎ থোরকপা মতম । মালংবনা ফৈতমলাং খমকোনবনা ফৈচিংলাং - নুংশিৎনা হুমদোক হুমজিন শিংপা মতম । কোরৌ খলমুকলাং লৈচিন সিফালাংবদি তিং ও কৌয়ে - নুমিৎপু খন্দোক খনজিন তৌরিবা লৈচিনগী মমিংবু তিং কৌই। অঙান মথোঙ... উ-ও কৌয়ে - নুমিৎকী মঙাল থোক্তদুনা লিল্লা কংদরবা, লৈচিন্না থানা কুপখিবনা অমগা অমগা উনবদা শেংদ্রবা অদুবু উ কৌয়ে ।*

*চীংখৈ হুন্দুনা নুমিৎ থোরকপগী মতম ওইরক্লবদা নামিবা নুংশিৎনা হুমদোক হুমজিন শিংলক্লে । মালংবনা হুমদোক হুমজিন শিত্তুনা পুরকপা লৈচিন্না নুমিৎপু খনজিনখি । লৈচিন সিফালাং কৌবনা নুমিৎ খনজিবা মতমবু তিং কৌই । নুমিৎকি মঙাল ফংদবদগী অহিংগী লিল্লা ফাওবা কংবা ঙমদনা অমম্বনা মশেন মরাং উহন্দুনা থম্বা অদুবু উ কৌই । মরম অদুদগী মফম অদুবু উতিং কৌখি ।*

## উদিৎমৈ

চীংঙু খমতিংকোন চীংয়া ফৈখিংবনা । তুবি মৈরেলমাবু চিকনা কোনখাবা । লোইবী মনিল নাইবনা তাংজলুরেলতোলবু উরে হায়বগী উদিৎমৈ - ও কৌএ । *( নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## উনিকখোং

মৈদিংঙু নাওথিংখোংনা মপা মৈতৈনিংথৌ উরাকোম্বৌবগী উক্রোং হোঙনবা চীংথাং লাইরেম্বীদগী উয়ুং অমখক য়াল্লকখি। উ অসি চ্লিলকপদা উ মশা মতোমতা লউ খোংই । মথং মথং চিংলকপদা মফম অমদা খোঙদুনা নিল্লগা লৈথোকখরে। উমা খোংদুনা নিক্তুনা লৈরম্বা মফম অদুবু উনিকখোং হায়না খংনহৌরে ।

*(উমংলাই খুন্দা)*

## উনিক খোমসোমলান

উনিক খোমসোনলানও কৌবদি কদৌনোংগীনো । মৈদিংঙু হোংনেময়োই খুঞ্জাওনা পামেন উহোঙগে হায়ৌদা। লমলেন লোনলোই লৌচিংথাংগী পামেন হাওউরোং । তলা কারোংববু । খোঙজি নারেংলোন থৌরী লীয়াই হেপ্পা তলা হোইচিংলকপদা । পামেন উনা মালেম লৈদা নিক নিক খাঙলে উনিকও তৌনা কৌএ। পামেন মিংথা লাওনা তলা থাংসেনবা চরৈ ফিতুং খাওন্ননা তলা উথোবগী শমু মখোঙ নীক্লে । খোমসোন ও কৌববু পোইরৈতা থিবনা উনীক খোমসোমলান -ও থোন্নেএ । *(নুরাংলোন খোংকুন)*

## উপায়কোন পায়কোন লমনুংশি

কবো মখনমদি শেনবী উপায়কোন পায়কোন লমনুংশিও কৌবদি কদৌনোংগীনো । চীংখোঙ পোইরৈতোন্না

চীংবুরোয় লাংওল্লকপদা । মতৈলৈমা লৈনাউতাবীগা শেনবী মীরুনুং কবো মীরাংনুংদা চঙলমঙৈগীবু । মতৈলৈমা লৈনাউতাবীনা শানৌ ইপিগুঙানা শেনবীশিদবা কবো নাদববু খুনথিরকপদা । শেনবী মীরুনুং কবো মীরাংনুংদা করম চংলম্বনো হায়না পামেন উবু পায়না কপলময়ে । অদু নোংগীবু শেনবী উপায়কোন পায়কোন লমনুংশিও তৌনা কৌয়ে। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

*কবো মখনমদি - কবোগী খুঙ্গং অমদি । চীংবুরোয় লাংওল্লকপদা - চীং অমদগী চীং অমদা লাকপদা । শেনবী মীরুনুং - কবোগী মীফত্তবা মনুংদা । কবো মীরাংনুং - কবোগী মীনুংশি খঙদবা মরক্তা । চঙলমঙৈগীবু - চঙলম্বগীবু। ইপিগুঙানা - ঐখোয় অনীনা ।*

## উয়ামপোক

কেকে খাইতোন লৌথিপা তালোয় মরুমপী । খিংখিং হয়রী পুংতোংপা চনু লৈমা নুংলাংখোনপীপু । নোংযাই থিংকোনহনপানা চিনকোয় পাউরাননাপা ৱাকীপু । পাথৌও ঐ কাওপী সনসাকে তয়ম নাই সাকে হায়পাপু । পাথৌও কাওপী নঙনা সনসাপাতি কাওরেল সনলাইতা নমু পোংনাউ তেকঙৈনে কতৌনাকো । নরম তেরা উতোমপোক অসিপু কেকে য়িপল লমপু ওইনাকে । হয়েং মোইরাং য়িপুং য়ায়তা পারী পামমুপা খাইনারা ইমোম নুংওনপীপু তোকনারাপাতা । উরেন চাউখোংমাপু য়াননাকে হায়খিএ । অদুনোংকিপু কেকে তেরা উয়ামপোকও তৌনা কৌএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*চিনকোয় পাউরাননাপা ৱাকীপু - ৱা অওক অথোং তৌনবা, চিন্দান্নবা ৱাগী । পাথৌও - মরুপ-ও । কাওরেন সনলাইতা - শল মরাই তাগনি । নমু পোংনাউতেকঙৈনে - মীরাই তাদুনা মী শিগনি । কতৌনকো - করি কান্নগদবনো । নরম - নংগী লম । তেরা উতোমপোক - তেরা অচৌবা অথোইবা । কেকে য়িপল লমপু - মোইরাং ইপা ইপুগী লম ।*

*মোইরাং খাইতোন লৌথিবগী নুপী নুংলাং খোনবীবু খুমন থিঙ্গোনহনবনা ৱাঅওক অথোং তৌদুনা চীন্দান্নরুবা মরমদগী খাইতোন লৌথিবগী মফমদা থিঙ্গোনহনবনা মরুপ নংগী নফমদা লানখরবনিনা শল শাও হায়রবসু শাজগে ননাই ওইয়ু হায়রবসু ওইজগে হায়জখি । মরুপ নংনা শল শারবদি শনবী শন্নাউ লাইচং ওইনা নাদুনা মরাই তাগনি । নংনা ইনাই ওইরবসু মীগী পুন্সি তেনগনি করি কান্নগদবনো । নংগী লমদা হৌরিবা ময়ামদগী থোইদোক হেন্দোক্লা চাওরবা তেরা পাম্বী অসিবু মোইরাং ইপা ইপুগী লম ওইরগে । হয়েং মোইরাং লৈবাক্তা ইচানিপা নুংশিবা ইচানুপী নুংশিবীবু শেংনা খাইনরবদা অচৌবা উ অসিবু য়ানগে হায়খি । মরম অদুগীবু মোইরাং তেরা উয়ামপোক কৌখি ।*

## উরান ফিহাইবা লম

শেল্লোয় লৌউরান উরান তাংজশি চাথোক চাঙৌরোক এনপোৎ মৈখুবা য়াইনা সঙশাবা য়াইখু নাশিবা উরান ফি হাইবা লমও কৌবদি কদৌনোংগীনো । নিংথৌ হেমসুনাহা য়াংলৈঙম্বা লৈমা লইরোকথানবী মশুংলাংগীবু। খোংবান লাইরম খনববু য়াংলৌ থানথোংনোংদা । মদাইরেম হাওনিংশং কোকপাকচা হাওনিংশং ঙাংবাচানা। শীংজং লৈতোইচন পামেল উরাই হক্লা খারোয় উশাংয়ানবদা পামেল উ খাকতেকনরকএ । হাওনিংশং কোকপাকচা হাওনিংশং ঙাংবাচাসুং পামেল উফৈ চোংনা চেন্নরে । তরা মচাকয়োমসুং মথং মথং ঙৌদুম ঙৌনা তারমএ । তাংজা লিনসু শিঙামএ পামেল উসু নন্না তুরকএ । অদুনোংগীবু শেল্লোয় লৌ উরান তাংজাশি

এনপোৎ মৈখুবা য়াইনা শঙশাবা য়াইখু নাশিবা উরান ফি হা্্বা তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চিঙ্গোইরোন)*

*যাংলৌ থানখোংনোংদা - লম্বীদা পুখোকপা নুমিত্তা। শীংজং লৈতোইচন পামেল উরাই হুক্রা - শীংজংনা উ য়ানবা। খাকতেকনরকএ - তংখায়দা তেক্লকই। তরা মচাকয়োমসুং - মাগী চয়োমসু।*

## উরাংপাই

হাওরৈ নোংচুপ পাংপালমতা মেনতে নিংথৌ সরাপানা। য়িমপি কাওচেংহৌনা মরান লোনয়িময়াইপু তাউখঙকে হায়পাকী। পামেল অঙলপা তলা অরেমপাপু য়িরোকলাইচম লান চীংসাং নাপোম খোননা পামেল ব্রুথিপাপু থিখঙতারাপাতা। খোইয়ম তুপি অঙনপা লাইরেন অরেমপানা লাইচা য়িসিংখোংকী থেনয়া খা থংপাতা। মেনতে সাবাপাকী অহিং খোমলেন মঙপাউ মঙলনচানতা। খোইয়ম লাইয়িংথৌ তুপি য়েকলাপা লাইরেন য়েকতৈপানা খোমলেন মঙপাউ চেললমলাপাকী। মেনতে নিংথৌ সারপাৱো থেনয়া নঙকী খাথংপা লাইচা য়িসোকলমকী তলা অঙনপা পামেল অরেমপাপু লৈপানে। সীংচঙ লয়তোয়চন পামেল ব্রূরু তুপনা তাউখঙৱো হায়না খোমলেন মঙপাউ চেললারাপাকী। য়িনুংকৌপাসোয় সোরাতয়না ব্রোললাপাতা। মেনতে পুমনাহৌ লাইচা য়িসোকখোং থেনয়া খাথংপাতা। তাউচিং হৈব্রূরা পামেল অরেমপাপু সীংচঙ লয়তোয়চন পামেন ব্রূরুতুপনা তলা ব্রূতুরাপাতা। খোংচি নারেংলোন হীরী তোংকা চিংনা তলা হৌই সোননা পামেন হোইথেমপাপু হোইয়াতারাপাকী। মেনতেনিংথৌ সরাপানা পামেল খোংনিঙচাক তলা খোংমাঙচাকপু। চেঙঙৌ ফাহাপনানা য়েরুম কাংখিননা কপোক লাইপাউ হোননা পাউথেমলাপাতা। তলা অঙনপা পামেল অরেমপানা পাউয়ারাপাকী। মেনতে নিংথৌ সরাপাকী খাঙলাপু লেংনম ব্রোইনারে। তলা খাঙলাপু অঙনপা পামেন অরেমপানা পাউয়ারাপাকী। য়িনুংসোয়য়ায়মাতা তুপি ময়েকথোক লাইরেন ময়েকলানা। চেংলৌ মিৎপুলং য়োইময়াই কোরৌ নোংসামৈকুম মেনতে যিমলাই ঙাললাপাকী। খারম মনিননাই মেনতে মরাঙহৌনা পাললে হায়তাপারা। নয়ু নিংথৌ কেকে লয়মাপা পুরিকলাই সনাহোঙপানা পোইরৈ লোইতাম ব্রোন লাংহৈ কুমসিঙ ব্রোনলাপাকী। কেকে মকুম কুমকাউতা মথা য়াৱা চানিনফতাপাকী। মতাইরেম ফমথৌ মঙাইরোই নিংথৌ মহীসাং পুমনামাকা। কারাংথেনকারুপাকী ব্রাকয়ৈ মথিনাই তোংচেং মরাঙহৌনা মরান ব্রোনতেরকলাপাতা। মেনতে নিংথৌ সরাপাকী য়িমলেন মখুৎফাপু চেংলৌমিৎপু লং খারম য়িমলাই পুমনা ঙালনা নোংসাপাপু মিৎয়েং সানখৈরাপাকী। কেকে মপুংয়'ই ঙাঙোই সনা য়োইকোননুংতা ব্রায়থুংলাপাকা। মেনতে চনুরা য়ৌইহৈ হৈরোইনাই সাফাপীতা নয়ু কেকে লয়মাপানা পাউহংখিয়ে। তয়ম মেনতে চনুরাঅহেনপীৱো। নপাম মেনতে লিসিঙখা মেনতে নুংকাইচীংপু পূমনা ঙালনা। মনোং নোংসা সাপাসিপু করিনো হায়না পাউহংলাপাতা। য়োইহৈ হৈরোইনাই মেনতে নুরাপীনা সমু থাংচপননা ব্রাকৎচরকয়ে। কেকে য়িনিংথৌ ঙাঙোই লয়মাপা য়িপুংঙো তাউৱো। য়িপাম মেনতে নিংথৌ সরাপাকী য়িমলেন মখুৎফাতা। খাঙলাপু লেংলোই ব্রোইরিপা পামেল অঙনপা তলা অরেমপা অতুনা। য়িমলেন পুমনা ঙাননা নোংসারাপাকী। য়িপাম মেনতে মনিননাই খারম তানাতানা পাললিপানে। হায়না ব্রাকৎচরপাকী। নয়ু কেকে লয়মাপা ঙাঙোই পোংলেনহনপানা ব্রাহমলকয়ে। তয়ম কেকে খুনফাংথৌ মোইরাং নাইফাংথৌসিংৱো। য়িরোয় লোইপিরেন মেনতে য়িমলক মনিননাইপাতা ব্রাঙনপা। মেনতে নিংথৌ সরাপাকী য়িমলেন মখুৎফাতা খাঙলাপু লেংনম ব্রোইরিপা অতুপু মেনতে য়িমলাই ঙাললে। কেকে য়োইকোননুং কংলা তোংনয়াঙকী খাঙলাপু লেংনম ব্রোইনাসে হায়না পাউমেললাপাকা। মতাইরেম মেনতে মরমপুপু পাউকৌখিয়ে। মেনতে মরমপুতা কেকে লয়মাপানা তয়ম মেনতে মরমপুৱো। নয়িম মেনতে সরাপাকী খাঙলাপু লেংনম ব্রোইপাপু পীঙমৱো হায়রুৱো হায়রাপাকী।

মেনতে মরমপূতি কেকে লয়মাপা ময়াথংকীপু মেনতে মপূংয়ায়তা ৱাইথুংলরাপাকা। ময়িম মেনতে মবমপুনা ৱাহমখিঙাময়ে। মেনতে নিংথৌ সরাপাৱো য়িমলেন নখুৎফাতা খাঙলাপু লেংনম ৱোইরিপাতুপু । কেকে য়িনিংথৌ ঙাঙোই লৈমাপানা পায়মা হকনা পুকনিং নুংৱোন চঙনা পামলে হায়য়ে । মেনতে নংনা পীনরকৱো হায়য়ে। মেনতে নিংথৌ সরাপানা পাউখুমলকয়ে। লোইপি থারম য়িরমপুৱো কেকে য়িনিংথৌতা হায়পিৱো। নতাইলেম ঐকী য়িমলেন য়িখুৎফাকী খাঙলাপু লেংনম অমনপা তলা হাপনমন অসিতি কতৌনাকাপানো। নতাই লেম ঐনা য়িরোক লাইচম লান চীংসাং নাপোম খোননা । তলা অঙনপা পামেল অরেমপা কোরৌ ঙমথংৱূ সিনৌ মাইলেং য়োৎকুমপাপু তলা হোইয়াললককে হায়না পাউহোমখিয়ে। মেনতে মরমপুনা থিংলৌ নিঙনা তেনা মরান ৱোনতেরকলাপাতা । কেকে পুরিকলাই ঙাঙোই নিংথৌকী সনা খুয়াখাতা । মেনতে নিংথৌ সরাপাকী য়াথং ৱাহমখোনপু ৱাকৎচরপাতা । কেকে লয়মাপা ঙাঙোই নিংথৌ সনাহোঙপানা। তৌয়িকিতি মেনতে য়িরমপুৱো মেনতে মাকী তলা অনৌপা পামেল নৌয়ানপাপুতি পামতেয়ে । মেনতে নংকী খাঙলাপু লেংনম অমনপাপু পামপানে হায়রুৱো হায়থরাপাতা । মেনতে নিংথৌ সরাপানা ঙাঙোই সনা মখোঙখাতাপু তলা খাঙলাপু লেংনমতুপু কৎলকয়ে । ঙাঙোই মরাঙহৌ নমু মীয়াম চৎনা মেনতে মপুঙয়াইতা ৱায়থুংলুরে হায়তাপারা। মেনতে নিংথৌ সরাপানা য়াইপুং য়াই ৱোইপাপু খোংচি নারেংলোন খোংফাং তরেৎথাং হীরি তুংকাতুপু । নমু মীয়াম পায়না তলা হোইসোললে পামেল হোইথেমলকয়ে। মেনতে খাঙলাপু লেংনমথোং য়াইৱোইপাতি খোইয়ম তুপি অঙনপা তলা লাইরেল অরেমপানিকিনা । কোরৌ নুমিৎ হুমনিসুনা ৱৌরী লিযাইনোপ ৱূনৌ খোংচা সম হীরি তোংকাচিংনা তলা হোইসোননা পামেল হোইথেমপাপু । তলা মথননানা নিঙনাতে পামেল মথননানা নিঙনা হলপাপু পাউয়াতারাপকী। কেকে অমরক মথিনাই মোইরাং মীয়াম হৌ তনপা কপলাক সেংসৌনানা । সয়েঙ পানপোমতিং পামেল ৱূরাউ থিলহৌনানারাপাতা । তলা লাইরেল অবেমপাতি খোংচি নারেংতৎ পামেল ৱূতোললান । তুপিকুপতুম কুপ লাইরেল ঙানতুম ঙাননা লোনলোই লৈমতাকতাতুম পাইথখিরে হায়তাপারা। অতুনোংকিপু লমলেন উরাংপাইৱো তৌনা কৌএ। ***(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*মেন্দে নিংথৌ সরাবনা ময়ুম শঙলেন অচৌবা অমা শাগে হায়বগীদমক নীংথিরবা অচৌবা উজাও অমা লোকচপ চিংশাং লান্না থিববু খঙদরে । লাইরেল তাউরোইনাইনা মেন্দে নিংথৌ সরাবগী মঙলান্দা লোকনুংগী ঈশিংখোংগা থংনবা থেনগী খা থংবদা হৌই হায়না তাকপিরম্মী । মঙগী মতুং ইন্না থিরুবদা হৌরমদুনা উজাও অদু য়াল্লি । থৌরী থুদুনা মীয়াম হৌনা চিংলকপদা উ অদু চৎলু য়াদরে। উনীং উমাং অনীমক্তা কবোক য়েরুম অথুম অহাওনচিংবা চাকথা পিদুনা হায়জবদগী চিংবা য়ারে। উজাও অসি মেন্দে খুন্দা পুরকলে । মেন্দে নিংথৌ সরাবগী য়ুমজাওদা খাংঙবু ওইনরে । লাইনা পিবা খাংঙবু অসিনা নুমিৎকী মঙাল অরাবঙুম ইরংলংনা মেন্দে খুঙ্গং পুম্বা ঙাল্লে । য়াইওইরবা উ অদুগী মঙালনা মেন্দে খুন নুংঙাই য়াইফনা পানখি । চহি কুমওনখ্রবদা মোইরাং নিংথৌ সনাহোঙবনা কারাং থেনকারুবদগী হল্লকপদা, মেন্দে খুন্দা ঙানবদু উরুরে । মোইরাং নিংথৌনা ময়ুমদা থুংবগা মাগী তাল্লোই মেন্দে নিঙোন্দা মপাম মেন্দে খুন্দা ঙাল্লিবদু করিনো হংবদগী মরমপুম্বা খঙখি । মেন্দে নিংথৌদা খাংঙবু পিনবা মোইরাং নিংথৌনা হায়জবদগী মমৈদা মোইরাং নিংথৌগী মফমদা খাংঙবু পিরকখি । মোইরাংগী নিপা পুম্নমক্না খাংঙবুদু চিংবা ঙমদবদগী অকন অথৌ য়াওনা কম্থিহৌনা চিংবদা থৌরী অদু তৎলে । খাংঙবুদি উতোন ৱাতোন লান্না অরংবা মঙালগা লোয়ননা লৈমতাক্তা পাইথখরে । নুমিৎ অদুদগী মফম অদুবু উরাংপাই কৌনখি ।*

### উরুপ

গোবিন্দ শানবা কায়নদগী থৈবোং য়াল্লগা লৈবাক মীয়াম হৌনা । চীংলান্না চিংলক্তুনা লংদুম খুনগী ইরিন তুরেন্দা থাদদুনা চিংলগা পুরকই । খরা চৎলগা ইরিন তুরেলগী ইরেন অমদা থৈবোং পান্নীদু চিংখৎপা য়াদনা অহিং অমা লুপ্তুনা লৈখি হায়বদগী মফম অদুবু উনা লুপ্লা মফমনি উরুপ কৌখি । *( মণিপুর গোবিন্দ নির্ণন)*

### উরোকথেন

শেল্লোয় মদাইমা লংমাই মখলমদি । তমফা ৱাংঙমলোন্না খুরায়লৈমা পানবা কৈশিং নেনবিনা । নুংবান নাউখোংজাম্বা চানকোনচেক লৈতাংশেকুরেক অঙৌববু পোনবী মখোঙপুন চেকলা মাশাথেকনা ফারৌএ । অদুনোংগীবু খুরায়লৈমা উরোকথেন -ও তৌনা কৌএ । *(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

### উলান

লৈসিৎ উরাংলান থোংতেক থোংচাওলানও কৌবদি কদৌনোংগীনো । খোইয়ম লাইয়িংথৌ মুৱানিংথৌ অতোনবা মপারি লায়োন খুনৌসিববু । খমনুং লাংওনঙৈ সাৱা লাংকেনঙৈ পলেম মমা লাইতোংখু মঙচুম্বীনা খম্নুং চৎৱায়দগী খুৎচেং হংচিলাক্লা থৌখামলকএ । লায়োন খুনৌসিববু থাংয়ি লৈরোনচন য়ামচেং লৈকুপ সীরববু লৈনা হলৱায়রক্লবদা খোইমোম লাইঅরাংববু উরমএ । অদুনোংগীবু উলান - ও কৌএ । লায়োন খুনৌসিবনা মৈমু তুংহন্ননা হনৱায়বালম লৈসী উলান থোংতেক থোংজাও লাননে। *(সুৱাংলোন খোংকুন)*

*খমনুং লাংওনঙৈ সাৱা লাংকেনঙৈ - শিরবদা, থরায় লাল্লবদা । মঙচুম্বীনা - মঙচঙচুম্বীনা । খম্নুং চৎৱায়দগী - অশিবগী লম্বীদগী । খুচেংহংচিলাক্লা - খুজেং পায়দুনা । থৌখামলকএ - খামলকই । থাংয়ি লৈরোন চন য়ামচেং লৈকুপ সীরববু - মংফমদা ফুল্লগা লৈপাক লৈকুপ কুপশিনখরববু ।*

## ওইচারুপাল

(১) মোংপা মতাইমাতি নিংথৌ লাইতোং পুরাংসুকা । খুমন পুয়াংপা পুরামসুকা তনপা অনিমনা চায়না খোংফেননাঙৈ। নিংথৌ লাইতোং পুরাংসুকী তিমেন মখুৎসুনা ফেললবদি ককলু লুমায়লেংনা সোয়রেন ফুমপী তুরে। খুমন পুয়াংপা পুরামসুকী তিমেন মখুৎসুনা ফেললবদি লাবা থনুং থীৎলে । পুয়াংপা পুরামসুনা নিংথৌ লাইতোং পুরাংসুকী । তাঙচা লুরেনতোনবু ককলে । মঙকসু তন্না ককলে । তাঙচা লুরেন তোনবু হামুন চারাথকতা ঙাঙতুম ঙাঙনা থোংঙমএ । কোরৌ মঙানি সুরবগা তাঙচা লুরেনতোনবু হামুন চারাথকতাকী পুয়াংপা পুরামসুনা ব্রায়থখিয়ে ব্রায়থমপালও কৌয়ে। খুমন পুয়াংপা পুরামসুনা অমরক ওনতেরকখিপাতা হননা হননা য়েংপাপু । অসাইঙৈকী হামুন চারা লেপতম নৈববু নমু পোংবু ওইনা উরমএ । অমরক য়েংববু হামুন চারা লেপতম নৈববু ওইঙমএ । লমলেন ওইচারুপালও থোননৈ এ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

(২) লিব্রা লৈমা থোংনাংতখেশ্বী তখেন তেংগোনচাইবী মশুমাঙ । ব্রাংঙমলোন লৈশাংথেম লৈমা কামুখোশ্বী মেনোংফাবী লাল্লোই শীংপৈথেন্দা চায়না খোঙফেন্নববু লৈএ । নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগা খুমন পুয়াং পুরমশুগা মরোং চুংফূনবদি । নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি ককলু লুমাই লেংনা শোয়রেন ফুমি তুরে। খুমন পুয়াং পুরমশুগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি । নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগী লাবা থনুংথিৎনা উনবী চফম লেংলে । নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগী তাংজা লুরেনতোনবু ককলে ককব্রাও থোন্নৈএ। মঙক তন্না ককলে তানবনও কৌএ । হামুন চারাথক্তা তাংজা লুরেনতোনবু অসাই থম্ববু ব্রাইথখিয়ে ব্রাইচাপান কৌএ । ময়ুম পোইরৈ মৈতৈনা হুয়েন লান্দারকপরা হায়না হন্না হান্না য়েংলম্মে । হামুন চারা লেপ্তম নৈববু নমু পোংবু খজিকএ । ওইচরু খজিকপা মরমখৈও থোন্নৈএ । *(চায়নরোল)*

*তিমেন মখুৎসুনা ফেল্লবদি - মাগী খুৎশু তানা লংলবদি । ককলু লুমায়লেংনা সোয়রেন ফুমপীতুরে - ফুমদা পাল্লে। লাবা থনুংথীৎলে - মবুক ফাওনা থিল্লে । তাঙচা লুরেনতোনবু - মকোকপু । হামুনা চারাথক্তা - নাপী মথক্তা । ব্রায়থখিয়ে -লৌথখি । অমরক ওনতেরকখিপাতা - অমুক হন্নকপদা । হামুন চারা লেপতমনৈববু - নাপী নৌশিন্দুনা লৈববু । নমু পোংবু ওইনা উরমএ - মী মান্না উরম্মী ।*

## ওইনাম

ওইনামও কৌবদি কদৌনোংগীনো । লহালনোং হয়িঙৈদা চকপা ওইনাম মচেৎমানা লোইবী মচীঙ কানা ওইখিএ হায়বগী ওইনাম ও থোন্নৈএ । *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## ওকতাল

(১) লোইপী মাখন অমা হেমপা মাতাইমাতা খোয়নৌ নুংপাল চানু মাতা তরুকমানা । হে ইতাশিংও ঐখোয়তি পলেম ইমা নামাসুঙ পলথৌ নপা ইপাসুঙ নমাল ইমালমচাসুঙ উতরে হায়নাতি শোললময়ে । অতুনোংকিপু শোলপুঙ মালপুঙ মচিঙশাং লোইপী ময়ুম ওকতাল মপুঙয়ায়ও তৌনা কৌয়ে । *( খোংজোমনুপী নোংকারোল)*

(২) পুরৈরোম্বনা সগোন তুখায়বা তোংনা লোইজিং লানখিদুনা পাঙন তমপাক পুমনমা সেমএ । সেকপিন অঙৌবা খালনা অমরক হল্লকপদা সগোন তুখাইবা অদুবু ওক ওইখিরে । অদুবু তান্দুনা ফারগা সগোন ওল্লকএ । অদুগীদমক ওকতান কৌএ । *(খিরেল মৈরম লীবা)*

## ওকতোং

শেলবী মখনমদি নায়ুরা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লাংওল্লকপদা । ময়িম শেলবী কবোনা তেকপী মওকচাবু তোংঙামএ ওকতোংও কৌয়ে । *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

## ওকথোক

থাঙরায় মদাইমদি ওকথোক লম্মহলও কৌবদি । লাইরেল মৈতিংঙু কাইনৌ ইরেংবনা খায়োয়রোন পীতোংনু নুফাপীকা মারান লুহোঙ খোঙথোংলকঙৈদা । মাপল নোংয়ায় খামলংবা চিঙতায় নিংথৌ খায়িংপানা । তেকপী খুলৌপুলনা ললউললকপবু ওকপী মাখুতোলপু থোকলে । অদুনোংগীবু ওকথোকও তৌনা কৌয়ে ।
*(থাঙরায়রোন)*

*কাইনৌ ইরেংবা - মৈতৈ নিংথৌ কাইনৌ ইরেংবা খৃষ্টাব্দ ৯৮৪ দগী ১০৭৪ ফাওবা পাল্লম্মী । তেকপী খুলৌপুলনা - ওক্পী মখোঙ মখুৎ পুন্দুনা । ললউললকপবু - উল্লকপবু । মখুতোলপু থোকলে - মখোঙ পুনবা নানথোকলে।*

## ওক্লরেন থংনরেন

ইকাও পন্দোন্দা গুরুগা পণ্ডিতকা তখেনগা ওক্লরে হায়বগী ওক্লরেন কৌয়ে । থংনরেন কৌয়ে । *( নুঙবীরোন)*

## ওকফ্রুন

লোইবী ফুসাখুল ওকফ্রুন খুল্লেনলৈও কৌবদি কদৌনোংগীনো । নোংবান কাংবা নাহা নুংসন তানবনা । মশল মালবী লীহেল্লা কাওরেল কোন্দেবনা তেকপীওকপু ওনঙৈ । শারেল তুংইল তান্নরকঙৈ তেকপী মওকচানা খুনা লাক্তনা কাঙময়ে ওকফ্রুনও কৌয়ে । ওকফ্রুন থোনমরক্তি লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবগী মরেম শারেমখাক মরু মপৈখাকপু হোংনা চাওনা চারে অহোংখুলও কৌববু । লোইবী মনিন নাইবনা ওকফ্রুনও তৌনা কৌয়ে।
*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## ওকলৌ

শেল্লোয় মদাইমা লংমাই মখলমাদি ওকলৌও কৌবদি কদৌনোংগীনো । হয়িঙৈদা শেল্লোয় লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চীংখৈরাকপা খাল্লে মরৌরেনবু । মদাইরেম তেকপী মওকচানা হান্না অয়ুক চামাইলাংনা খাল্লে লৌকুময়ে। লৌরিথিনবী মরিনফাৎনা পোরোম মতাশম কাইফেৎ মরুতুপ য়াংদৌ মমৈশম লৈমু ময়োনহন লৈহাও মপান ফোয়না খাল্লে মঙম ফংলবদা । তাউবা মহুয়চা য়াংলৈ মীরোন থোকপনা হান্না পাওমেনঙাময়ে। শেল্লোয লংমাইনিংথৌও নংগী তেকপী নওকচাদি ঐবু খাল্লি লৌলুম্বীদে খোয়মা নারোম্নুংদা শানথুপয়ে । ইদোম খাল্লে ইঙম তানববু নমু পোংনাতাম খাল্লে লৌনা চাওবনিগীনা হাওরা শোনখৈ নিকএ হায়না পাওমেনঙামএ। অদুনোংগীবু শেল্লোয় লংমাইলৌ ওকলৌ হুয়রৌ অচনবাও তৌনা কৌএ । *( নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

## ওকশোয়পুঙ

হাওকু পাখংপা তরুকমানা খোয়নৌ ইমালমচা নুংপাল চনু মতা তরুকমা লোইনাই তরুকমাদি । কোরৌ নুমিৎ মঙানি শুতারিঙৈপু করিগী কোরৌ কবম নোংকাপানো হায়নাতি । চাহুই কাঙপা লৈতাকি তেকপী খুবৌপুন্নতি পুরক্লা । খোয়নৌ মমাল মচাকী মাবা মখোঙখুলপু ইলতাল্লকপাতা । নোংমোইনু অহোঙপী তুশাকোল লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংপা তুতৌকোলপু । তুরেল মোংপা ঈপু ফৈনাতি লান্ন মরান ওন্দেরকপাতা খোয়নৌ নুংপালচনু মতা তরুকমাসু শোয়নরে । অতুনোংকিপু লমলেল ওকশোয়পুঙ ও তৌনা কৌয়ে।

*(খোংজোমনুপী নোংকারোল)*

## ওনপুংখোং

হিথেল চংলৈমাতি অসাইঙৈকী তাইবং কোকপা ৱাংপা মহুইখানপা অথৌপানা । খোইমোম লাইচমপু পুংথা পুংথা ওনথা ওনথা তান্নখিএ ওনপুংখোংও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## ককচিঙ

(১) থৌপাল মদাইমবু ককচিঙ চোংচিঙলমও কৌবদি কদৌনোংগীনো । থৌপাল ঈরুম লাই তুবি কোকনি লোঙবা লাইরেল মৈমাতোমবা লুথুপ পালফোইবা খানৌ য়োয়হনবা । তুবি মকোক পাংমানা ব্রাইথৌ খমপুৎলাননা চাকতাবা । লাইরেল মকোক পাংমানা ককচিঙ চোংচিঙ লান্না চাকতাববু । ঙালবা তেকচাপামবা সোরা লাইহাৎথৌবা থাঙলেন মখুৎসুনা । তুবি মকোক পাংমা ককথোকলে ককচিঙও থোলনায়ে । লাইরেল মকোক পাংমানা চোংথোকখিয়ে চোংচিঙও কৌয়ে ।

ককচিঙ থোলমারকতি য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা লোইমোম ফৌওইবী খোয়নৌ মতা মঙা । চীৎনু লৈমা চীৎমিংনাপী । হাইনুলৈমা হাইমিংনবী । ব্রাকচীঙ হাওকোলবমচনু নোইনু থুমওইবী । তোয়বী কোনমিংনাবী কোনলাংনু কোনলাং নাসীনাবী । খোয়নৌ মতা মঙামনা থোংখোঙ পোৎথোকপা কারাল লমবুবদা তাংথাকে ইন্দাললকপদা । তুবি অঙনবা লাইরেল অরেমবানা তোয়বী কোনমিংনবী কোনলাংনুবু । তাঙচা মশম ককনা খামলৌয়ে ককচিঙও কৌয়ে । ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

(২) থাঙই অহোঙবীদি কদায়লমদু চোংবল লানখিবনো । কারল নিংথৌ শোকপালবা মচিঙচিঙবু ইন্দাল্লকপদা। য়াংমোম মহুইলোইনাই তোইবী কোনমিংনবী কোল্লাংনুগা । হাওনা তোনথেক্লা পাৎথি লমতমনা নুঙবী ফৈনা ওনমন্নববু । তুবী অঙনবা লাইরেল অরেম্বনা তাংজ মশম কক্লা থৌখামখিয়ে । অদুনোংগীবু ককচিঙও থোন্নরময়ে । ***(ফৌওইবী ব্রারোল)***

*তুবি কোকনিলোঙবা - লাই মকোক অনী লোঙবা । লাইরেল মৈমাতোমবা - লাইরেল মমৈ অমতা পানবা । লুথুপ পালফোইবা খানৌ য়োয়হনবা - য়ু থোংনবা চাক নমদুনা থম্বু চাবা । পাংমানা - নাম্মনা, অমনা । তাংথাকে -লৈগে । ইন্দাল্লকপদা - লাকপদা । তুবি অঙনবা লাইবেল অরেমবানা - মতিক মগুন চাওবা চীং লেম্না লাইনা । তাঙচা - শম । খামলৌয়ে - ফাহৌই ।*

## ককনা শমজি লমতাইথেৎ

ককনা সমচি লমতাইথেৎব্রো কৌপতি কতৌনোংগীনো । কাকলেন নোংতমসুচা মোইরাং কাপসি অথৌপা

মোমনু তালোই মরুমপী হাওনু কৈসিতোনপীপু । নুংপাল ফানতেক লালোই তরেৎমানা হুয়েল মখোয়কী মরান ওইনা লুরক কাওতে থিখিরাপাকী । মথংলেন কাকলেন নোংতমসুচা মোইরাং কাপসি অথৌপানা । মরোঙ চেনবাইনা তিমেন চেনতাননানা হুয়েল লানতানখিএ । মপারি নাৱা অখুপানা মপল লৈরাং অমনপাকা হংঙা চুপনা পাউতোইহনখিএ । কোরৌ অতুনোংকিপু খুচুপ চৈমিয়াং নোংপাল খুমুকচামপাবো তৌনা কৌএ । মোইরাং কাপসি অথৌপানা অচেন খংলে য়াঙনা হুয়েল লালতাললকপাতা । লুৱাং লাললোই তরেৎমানা অৱা পোৎথানা লালোই লমতনপাতা । মরোঙ মথানা তিমেন ঙাইখাংনানা খোমলেন তুমকনঙম মিংয়েং নাউসুমলমপাপু তানফংলুরে । মোইরাং কাপসি অথৌপানা লুৱাং লালোই তরেৎমাকী তাঙচা মশমতোনপু সমলাং মসেন কিসিনরে । খোকলাং মখুৎসুনা নমু খাংতপ য়ৈনা য়াহৌথোকলাপাকা । তিমেন মখুৎসুনা উনপী থুনুংথীৎনা চয়পীরে । লুৱাং লালোই তরেৎমাপু লুরক কাঙতৈথিনা তাঙচা লুরেন ককলে । অতুনোংকিপু ককনা সমচি লমতাইথেৎৱো তৌনা কৌএ । নুংপাল লালোই তরেৎমানা য়াংলৌ লমতনৱাই । মোইরাং কাপসি অথৌপা লনসিংলম হাউনু কৈসিতোনপী লুথোংলমৱো তৌনা কৌএ ।

***(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*মোমনু - নুপী । তালোই মরুমপী - মাগী নুপী, মতু । নুংপাল ফানতেক-লম্মাংদোংদা পাল্লম্বা লুৱাং কাঙলুপ অমা । মরান ওইনা- লানফা ওইনা । লুরক কাঙতৈ থিখিরাপাকী - মকোক ককখিরবগী । মরোঙ চেনবাইনা তিমেন চেনতাননানা - চুঙ তা পায়দুনা তান্নবা । হুয়েল-লান । মপারি-মচানিপা । নাৱা অখুপানা - অপিকপা অঙাংনা । মপল লৈরাং অমনপীগী - অশিবা মমাগী । কোরৌ অতুনোংকিপু- নুমিৎ অদুদগী। পাউতোইহনখিএ - হরাওহনখি । অচেন খংলৈ য়াঙনা - য়াম্না থুনা। লালতাললকপাতা- লাল তৌনবা তান্নরকপদা । অৱা পোৎথানা লালোই লমতনপাতা-লম্বীদা অৱা পোৎথাবদা । মরোঙ মথানা-চুঙ লৈবাক্তা থাদুনা । তিমেন ঙাইখাংনানা- তা মথক্তা মোনখাংনদুনা । খোমলেন....... নাউসুমলমপাপু -তুম্নম্ববু । তানফংলুরে-তানবা ফংলুরে । সমলাং মসেন কিসিনরে-শম অমগা অমগা পুনশিন্নরে । খোকলাং মখুৎসুনা-মখুৎসু তাখেয়া । নমু খাংতপয়ৈনা - মীগী খ্বাংদা ফুদুনা । য়াহৌথোকলাপাকা - হৌদোক্লবগা । উনপী থনুংথীৎনা চয়পীরে - মবুক ফাওনা থিল্লে । লুরক কাঙতৈথিনা-মঙক কক্লুনা ।*

## ককময়াই

নোংপোক ঙমথংনা ৱায়রং মদাইমা লেংখু লম্মপাক লেংলেন লম্মচুম ৱায়রং ককময়াইও কৌবদি কদৌনোংগীনো। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্ম লোইমোম ফৌওইবী মতা তরুকমনা । কারাল লম্বুৱা থোংখোঙ পোৎথোকপদা তাংথগে ইম্দাল্লকপদা । খোইনৌ মতা তরুকমগী লাংলেন কোংয়াঙ মচৈশুবু কনাগীনা হেনবনো য়েংনববু । লোইমোম ফৌওইবীগী কোংয়াঙ মচৈশুনা তাংমা হেনয়ে হায়না । কোংয়াঙ মতাংমবু ককলময়ে ককময়াইও কৌয়ে । ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*নোংপোক ঙমথংনা - নোংপোক্তা থংননা, নোংপোক মায়কৈ য়ৌরকপদা । ৱায়রং মদাইমা- নোংপোক মায়কৈগী মতাইথংবা লম । ৱায়রং-নোংপোক । লোইমোম ফৌওইবী-ফৌওইবী লাইরেম্মা । তাংথগে - লৈগে, লান্নগে । ইম্দাল্লকপদা-য়ৌনবা লাকপদা । লাংলেন-ৱা । কোংয়াঙ মচৈশুবু-ৱাগী চৈশুবু । তাংমা হেনয়ে - মতাং অমা হেল্লি । কোংয়াঙ মতাংমবু - ৱা মতাং অমবু ।*

## ককমুয়াই লৌফমলেন

নিংথৌ ককশুবনা উরুম খৌচোনবী পান্নদুনা ফম্বাল তোংএ । নিংথৌ হাকথক অসিদা হান্না শেম্বা কোন্না লোইবা পুংবু কোয়না চৎনা লময়েংএ । চাহৈ চারোংথানা চানা থক্লা য়েনলম মশীংথানবা নিংথৌনাইশিংনা নিংথৌগী লৌফম শেমএ । ককমুয়াই লৌফমলেনও তৌনা কৌএ । ***(নিংথৌ কাঙবরোন)***

## কক্লৌ

লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা থাঙলেন য়াইওইববু তাংজ লুদাথেৎনা । তেনবী য়াইওইববু মশানৌ কোন্দে য়োইহৈতোন্না তেন্দোং নমদাপোনা । হাওরৈ খানা পাংবারমদা মোংবা খুল্লম ইন্না হুয়েন লান্দারকএ। হাওয়ুম য়ুম্লাক চামা তাবদা ৱাইথুংলবদা । লাইরেন মচিন মনাওদি মোংবা চৎলম ফানশাংইন্না হুয়েন লানথেল্লববু। লোইবী চীং ককয়েন মীঙম্বা নমু পোংদা তাবানোংগীনিনা। মালেম লৈবুখোন কোরৌ নোংবু খোল্লকলে। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংববু লোইবী চীং ককয়েন ককয়েন মীঙম্বা নমু পোংজেনবনা । থুমনাওগুম চংনা ৱাই য়েন্নাওগুম হিংফোইনবে । মশানৌ তাওথিংমাং তাংজ লমফম্বা খোয়মা লাংলেপ্পনা । লাইরেল ইশাবী নংবু পোনবী চিনগোই চনগুমলে । অসাইঙৈগী থাংলেন য়াইওইবা তাংজলুরেন থেৎঙামখিবা তুবু খৌকাওফরোই হায়না পাওমেনখৎখিয়ে । লাইরেল মশাবীনা পাওখুমলকয়ে। শানৌও নশাবী ঐদি পোনবী মথিকনুংদা শানথুপলিয়ে। শানৌকোন্দে য়োইহৈতোনও তেনবী য়াইওইবা নখুৎপায়না চেক্লা শাগল তমনা তেনৱাইরকও হায়থৱাগী। য়োইহৈতোন তাওথিংমাংনা লৈমরেল সিদবীগী ৱায়রা মতেনচা পাফন অরিবা মরনকু তেনবীয়াইওইবু। লীরি থমোইতিং লাকা তেনমৈলাক্লা তেনৱাইখৎলবদা পোনবী শাগল তেক্লা তেনবাল্লে। ককয়েন মমাইমুনা তারকয়ে অদু নোংগী মাইমু ও তৌনা কৌয়ে। মশানৌনা চিলনা চিলনা তান্নখিয়ে চিনসিও থোনযে। ককয়েন মশা পাংমনা লাইজ ঈবু থিংলে ঈথিংও তৌনা কৌয়ে। ঈথিং মহিথেন্দা লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা লৈমরেল শিদবীগী থাংলেন মখুৎশু য়াইওইববু। খোইয়ম পাফল অরিবা মরনকু ওইবা থাংনা ককয়েন মথিকখায়না চোংথোল্লককয়ে । অশিবা চাম্মসু হিংখৎলকয়ে । অদুনোংগী লমলেন হাওয়ামহিংও তৌনা কৌয়ে । ককয়েন মকোক কক্লে কক্লৌও থোনয়ে । ***(তুতেংলোন)***

*য়োইমোংবা, তাওথিংমাং - খৃ : ১৫৪ দগী ২৬৪ ফাওবা পাল্লম্বা মৈতৈনিংথৌ খুয়োইতোমপোক্লা নোংবাল্লোন নোংমোইনু অহোঙবী পান্নদুনা য়োইমোংবনে, তাওথিংমাংনে, মমোম লাইরোকলেম্বীনে অহুম পোকই । মৈতিংগু খুয়োইতোমপোক্লা থুপখুবদা য়োইহৈতোন তাওথিংমাংনা নিংথৌ ওইখি। য়োইমোংবগা তাওথিংমাংগা মচিন মনাও অনীনা ইম্ফাল তুরেল অমসুং ইরিল তুরেল তেংখি।*

*তাংজলুদাথেৎনা - কোক্তা খেক্লুনা । মশানৌ কোন্দে - মনাও অতোম্বা। মোংবা খুল্লমইন্না - তুরেল মরিল ইন্না । নমুপোংদা - মীওইবদা । তাবানোংগীনিনা - খোকপা নুমিৎনিনা । মালেম লৈবু খোল কোরৌ নোংবু খোল্লক্লে - মথক মখা তকখৎলক্লে । থুমনাওগুম ... হিংফোইনরে - য়েন্নাওমচা হিংনা লাকপগুম লাক্লে । তাংজ লমফম্বা খোয়মা লাংলেপ্পনা - মোংশোঙ মরক্তা লুমদুনা লৈবনা। পোনবী চিনগোই চনগুমলে - উচেক্লা লাকপগুল্লে। তুবু - অদুবু । খৌকাওফরোই - কাওথোক্কনু। পাওমেনখৎখিয়ে - ৱা হায়গৎখি, নোংথক ওন্দুনা হায়খি। মথিকনুংদা - মথানুংদা। শানথুপলিয়ে - লোৎলি। তেনৱাইরক ও - তেনকাপলক ও। পাফন অরিবা - লাই । মথিকখায়না - মথবাক খায়দোক্লুনা।*

**ককব্রা**

(১) নিংথৌ ককশুবনা মচা ইবুংঙো তোনকোনবা নাউদাবা কুমদা পাৎলৌ অমা ব্রানা তৌএ। মফমদি লাইরেম্মা পাম্থোইবীগী পাৎলৌনে। অদুনোংগীবু ককব্রাও তৌনা মিংথোংখিএ। নিংথৌ ককশু তোনকোনবনা লাইরেম্মা পাম্থৌইবীদা কৎলমএ। লৈবাক্কী মমিংথোংসু মীরা পোংথোকলম লমথক শারোনপুং ও তৌনা কৌরে ।

*(নিংথৌ কাওবরোন)*

(২) নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগা খুমন পুয়াং পুরমশুগা মরোং চুংফুনবদি। নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি ককলু লুমাইলেংনা শোয়রেন ফুমিতুরে। খুমন পুয়াং পুরমশুগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি। নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগী লাবা থনুংথিৎনা উনবী চফম লেংলে। নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগী তাংজ লুরেনতোনবু ককলে ককব্রাও থোম্নেয়ে ।*(চায়নরোন)*

*নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগা খুমন পুয়াং পুরমশুগা তা চায়নবদা। নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুনা হুনবা তাদি খুমন পুয়াং পুরমশুদা পান্দনা নাপী ফুম্বীথক্তা য়ৌশিল্লে। খুমন পুয়াং পুরমশুগী খুৎশু তা লংলকপদা নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগী মবুকফাওনা থুম্না য়ৌশিল্লে। নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগী মগুক ককখি হায়দুনা মফম অদুবু ককরা হায়না খঙনখি।*

**কবোকখুল**

কবোক খুলও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নয়ুব্রা চীঙখোং পোইরৈতোন খোংফাং অতোনবগা। মতৈলৈমা লৈনাওতাবী খুনুংঙানবা মপু নিংথৌ চনুগা চীঙপুরোই লাংওল্লকপদা। লৈমা লৈনাওতাবীনা সানৌ চীঙখোং পোইরৈতোন ও। লোইবী সিদহৈ হেম্বা নাদহৈ খুনথিবগী লোইবী মচীঙ কারকপদি। সমু য়িখোং পোকলে হায়না থৌদু নুঙবু কোলনা পায়না সোল্লমএ। অদুনোংগীবু কপোক ও থোন্নৈএ।

কপোক থোনমারক্তি লোইবী মচীঙলেন চীঙলেন নাপোমমদা। লাংলেন খোইমিৎচেন্দা মতোল কৌজেংচংদা কোংয়াং নোংবু লুম্না পানবা ব্রাবু। ময়িম লোইবী মনিল নাইবনা কুও কৌএ। লাংলেন নফানিক কোংযাং পোকমা তেকনববু পোক ও কৌএ। অদুনোংগীবু কুপোকও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*লাংলেন খোইমিৎচেন্দা মতোল কৌজেংচংদা - খোই অমসুং ককচেংনা হুত্তরিবা মশা শেংবা ব্রা পাম্বী। কোংয়াং নোংবু লুম্না - নোংদোনবু খনজিন্দুনা ব্রাংনা হৌবা ব্রা পাম্বী। লাংলেন নফানিক ... তেকনববু - মপাল কংশিন্দুনা ব্রা তেকলববু।*

**ক্কাকতা**

(১) কেকে লমলেন মতাইমাপু শিঙচা ক্কাকতাব্রো কৌপাতি কতৌনোংকিনো। হাওনুকোনতে লৌঙাকপী তাইকোন লৌসঙপীনা। থাঙয়ি লিহয়ঙাক লোইমোম লিহয় সঙপাতা। পানপা নাথুপপা কৈরেন ব্রুমপিচানা লৌসঙ সকাইখাতা চঙনা। চাকমোম মৈনিল তারাপাকী পানপা ময়াকা কৈরেননা ব্রুইরুম চঙলিঙৈ । হাওনু কোনতে লৌঙাকপীনা নুরা কোনলোই মখুতোপপু চকমোম খামপীনুংতা য়ীকলে। পানপা ময়াতমনা হুনসিনখিপাপু । পানপা কৈরেন অথৌপাতি কৈরেন মরৈপোকনা পানপা মরৈ থারে । সারেন খোংতুম খোং

পানপা লাউতুম লাউনা চেনখিরে। অতুনোংকিপু হাওনু কোনতে লৌঙাকপী তাইকোন লৌসঙপী। কোনখাং মনাসিনা মোমনু খ্বা য়োংহোই নুরা কোনতে মখুতোপনা পানপা তানহোইলৌ। পানপা লাইথা চারং লৌবো তৌনা কৌএ। কোরৌ নুমিৎ মঙানি সুরপাতা পানপা কৈসুংতুরে। পানপা কৈরেননা খাঙলেললাপাকী কেকেনা তেংথানা ঙাংঙোইনা মীকৌনাপাতি ক্বাকপু সিঙচাবো তৌনা কৌয়ে। পোনপী সিঙচানা য়োমতম পৈরাপাকি সিঙচা অমুপী অসিতি করম করম য়ামনাপু তাপানো হায়নাখিয়ে। অতুনোংকিপু কেকে সিঙচা ক্বাকতাবো তৌনা কৌএ। ***(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

(২) কেগে সিঙচা ক্বাকতা মোইরাং লৈথা চারেলৌও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাহাল হায়িঙৈদা পোলবি উচেক অমুববু হেমবা ক্বাকও কৌএ। হাওনু কোনতে লৌঙাকপি খ্বা য়োংহোইতালবী সলথোঙ চেকায় লাউবীনা। কোংয়াং চুপয়েংকায় কাইপী লৌসঙথকতা সলথোঙ চেকায় লাউরিঙৈদা। পানবা অথৌবনা কৈরেন ময়াফাকনা চোংখৎলকলবগী। হাওনু কোনতে নুরাবীনা খানলৈ লৌশঙথককী। খাম্বী মৈতান অরাবনা পানবা ময়ানুংদা হুনজিললবগী। মঙৌ ময়া পোকলে পানবা মরৈ থারে লৈথা চারেলৌও তৌনা কৌএ। পোনবী সিঙচা ক্বাক অমুবসুঙ করম মুদুম মুনা তাঙমবনো হায়বগী পোনবী সিঙচা ক্বাকতা লৈথা চারেলৌও তৌনা কৌএ।

***(মোইরাং লৈকোই পুঃ)***

*মোইরাং নিংথৌ পুম্বি খুরেনচনবা হাক্তকতা নোংপোকলমদা চকপা অংকোয়ি ইংখি তুরেল অচৌববু ফৈনা শমদুনা চকপা মেনখোম মপুংয়াইদা লান্দারুই। লাল ঙল্লক্তুনা নহা নুপী হনু হনবা খাক্তনা খোমলকই। মেনখোম লমগী ফজরবী চনুরা অমসু নিংথৌগী অপাম্বীলক্তা থমখি। চকপা মেনখোম পুন্নমক সিঙসা ক্বাকতা লাইথা চাইরংলৌদা য়ুম তাহন্দুনা লৌ উদুনা লৈহনখি।*

## কবোলৌ

ইচীক সীব্রা কোংনিংথৌবা লমলেন ব্রাইকোকতোংবা মারমখৈগী। সেলবী খুলহোংলকপা সেলচেৎ অনেম্বনা খানলৈ পারীকোকনা তারা চাফম লৌবু চারময়ে। অদু নোংগীবু লমলেন সেলবী কবোলৌও তৌনা কৌয়ে।

***(থাঙব্রায়রোন)***

*সেলবী খুলহোংলকপা - কবো খুল হোংলকপা। খানলৈ পারীকোকনা - লৌ পরী য়ান্দুনা। তারা চাফম লৌবু চারময়ে - লৌ উরম্বী।*

## কমবোং মংসা লূচীক

লানলোই মদাইমদি কমপোং মংসা লূচীকও কৌবদি। মৈতেংঙু পুনসিবনা চকপা কামু কমপোংববু লুরক কাংদৈথি খৌনাউ লোনথোঙ লেললে। ময়িম হেমচেংচকপা মনিনা নাইবনা। মৈতেংঙু নুয়াম ফাবা-ও নতাইরেম ঐখোয়বু চকপা অতয়বা হেমচেং অওনবনে হায়রগনে। হয়েং পোইরৈ চাদোননা কাউদসুনো হায়না কামু কমপোংবগী তাঙজা লুরেনতোনবু চীকনরমএ। কমপোং মংসা লূচীকও কৌএ। ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*লানলোইগী লমদম অমবু কম্বোং মংশা লূচীকও কৌখিবদি - মৈতৈ নিংথৌ পুম্বিবা (খৃঃ ১৪০৪ - ১৪৩২) না চকপাগী কামু কম্বোংবা কৌববু মঙক কক্লে। নুংঙাই য়াইফনা পাম্লিবা চকপাশিংনা মৈতৈ নিংথৌ নুয়াম ফাবদা (পুম্বিবদা) - ননাই ঐখোয়বু মপুক মাংবা পুকচেল শেংদবনি হায়রগনি। হয়েং তুংফাওবা কাউদনা*

*খুঙনহৌরসুনো হায়না কাম্বু কম্বোংবগী মকোক অদু অমমম চঙদুনা চীকলমই। অদুগীদমক কম্বোং মংশা লুচীক কৌখি।*

## কম্বোংপুৎ

(১) নোংমাইনিংথৌ কায়নচীংশোনবা নিংথৌগী মতমদা ইরৈমানা তাল্লোই ওই। ইরৈমনা নমু তাইবং মীওইনা সাইওনলবদা মমিং কম্বোংপুৎ কৌই। লোন অরিবদা লাইজ ঈশিংবু কম্বোংপুৎ হায়নসু লৈ। ইরৈমগী মিংখেরোনসু কম্বোংপুৎ কৌই। ইরৈমনা নমু তাইবংমীগী মশকওইনা লৈরম্বা মফম অদুবু কম্বোংপুৎ হায়না কৌখি। ***(নোংপোক লৈহৌচিঙ)***

*শকাব্দ ১৮৭০ মহারাজ বুধচন্দ্রনা নোংমাইজিং চীংখোং কম্বোংপুৎকী লমদা গৌর গোবিন্দ লাই শাদুনা বামোনবু লাংহনখি। মফম অদুবু গৌরনগর থোনখি। **(চৈথারোল কুম্বাবা)***

(২) লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা শানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাংও। মোংবা থাংঙা য়ুমজাও শাসে উরেপ চারা খিন মিয়াৎ মিতম য়ুংসে। কোংয়াং লৈথাহুনসে কোলথা ফাইরেন ইবু ইরাংলুসে। লেমলৈ ঙানা লমলুক ওই শারেন শানা চাক্তানয়ে। য়োইরেন লেংনাফাং অশৈ খোংফাং লেংনাতিন- অমাই নাক্রৌশিন্না কোম্থা ফমলেন ইবু চানা মমাই খাওরুইয়ে। মোংবা মমৈসুৎত ইকুমিতম পৈরে। য়োইরেন নাক্রৌশিল খাবীলেংনা ফাং অশৈ লেংনা তিন্না উরেপ চারা খিল্লে মিয়াৎ মিতম য়ুংলে। লাংলেন কোংয়াংরাতোন অনী চিল্লোক্লববু পান্দম মপা লৌনা মোংবা য়ুমজাও শারে। কোরৌ চুমিতাংবু পান্দমলৌনা শাইনোন য়াংতেক হেল্লে। য়ুমজিন চাকো নারেংথাংলে। মমাইবা কোন্দে খুৎচুমমাই শিন্নাই মাইগা শকপনা তুবী কোইজায়েক লাইরেল য়াংলিশোনবু তম্না। খুনবী নোংলৈশঙনা ফৈথিংনা লৈখাম তারৈ য়ান্না হেনমোইরে। শাইবু শেনতোপলবদা লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা ইশানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাং ও। মোংবা শায়া কোৎচংনবা য়াওরৌ লাবা খুমনবু য়াংদৌ শারম লীসে হায়না ব্রাইরা শাদাল্লকপদা য়াওরৌ ফমহৌশাবু লমওক্লরে। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা য়াওরৌ তুংইন্না তান্নরকপদা মোংবা শমু মখুতোনবু পুৎথরময়ে। অদুনোংগীবু মোংবা কম্বোংপুৎও তৌনা কৌয়ে। ***(তুতেংলোন)***

*উরেপাচারা ... য়ুংসে - যাত্রা হুন্দুনা য়ুম্বীনচিংবা য়ুংলসি। কোলথা ফাইরেল ইবু ইরাংলুসে - ময়াম চঙদুনা ই ফাল্লুসি। লেম্লৈ ঙানা ... চাক্তানয়ে - শা ঙানা য়েনশাং ওইনা চানৈ। য়োইরেন ... খাওরুইয়ে - য়োইরেন অশৈ অমাই শঙলেন অহুমগী মীনা ই ফাল্লুই। ইকু মিতম পৈরে - ই পৈদুনা থল্লে। কোরৌ ... য়াংতেক হেল্লে - চুমথাং খনবগী অকোনবা মওং লৌবগা য়াংগী ই অনী তাইনফমদা ইনা য়াংতেক তেকলে। খুনবী নোংলৈশঙ ... হেনমোইরে - নোংলৈশঙ অমসুং লৈখাম খেৎতুনা য়ান্দুনা ফজহল্লে। মোংবা - য়ুম। শায়া কোৎচংনবা - ঈরাৎনবা, খুরুম্নবা।*

## কমেংচীংফৈ

কৌবা মদাইমদি খোইয়ম লাইয়িংথৌ নোংপোক মাল্লং হুম্মোইবা কোরৌ নোংগা কোয়বা মাগী মকাইফমনে। ময়িম থিংবা মরামনা থাঙঙা য়ৌখান খুনফম মোইঙাচেং ঈবু লাননা চৎখিয়ে মরাম চীঙফৈও তৌনা কৌএ। সেনবী কবো কমেং মশিন নাইবনা লানখিয়ে। কমেং চীংফৈও তৌনা কৌএ। ***(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)***

## কমসোল

কমসোল সাকৎলমও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহালনোং হয়িঁগুদা খাবা তৌওৎনকে ওৎঙমদা য়াংবা কাম্বা হায়গে হায়দগুে। লোল্লাং পাখংবনা খাবা চেপলোইনবনা উগনি য়াংবা লোইখোইবনা খঙগনি হায়না। অবাং কোরৌ নোংমদবু তুবি লোনচৎননা সালথুপগুে। ময়িম লোইবী হাও মনিল নাইবনা সারেল সাবু কমনা সোন্না সোন্না লমব্রোকলম এ। অদুনোংগীবু লোইবী হাও কমসোল কমসোল সাকৎলমও তৌনা কৌএ।

***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*খাবা - মৈতৈ লৈবাক্তা লৈরম্বা অরিবা কাঙলুপ অমা। তৌওৎনকে ওৎঙমদা - ওৎতুনা খুদুম চনবদা ঙমদবা। য়াংবা কাম্বা হায়গে হায়দগুে - খাবা কাঙবুবু খুৎকন পাঙ্গনবা অকনবনি হায়বসু হায়নীংদবা। লোল্লাং পাখংবা - পাখংবগী মমিং অমা। চেপলোইনবনা - অরোন অথুপ খঙগনবনা। লোইখোইবনা - লোন্না থুগ্না ঙাঙনবনা। লোনচৎনা - লোন্না চত্তুনা। সালথুপগুে - লোৎতুনা লৈগুে। সারেলসা - অথোইবা শা। লমব্রোকলমএ - ওক্রুম্মী।*

## কংতা

নোংপোক নিংথৌনা অশিখোইকুমনা মশানৌ য়োয়পু খোইমোম লাইরেম্মপু ইনতাললকপাতা। কোরৌ চিঙব্রাংঈপু শুমথরকয়ে ব্রাংপল নোংব্রাং ঈনা ফেনথরকপাপু। লংপা চরৈ ময়িনফিপুচোৎতনা কংতারে কংতাও তৌনাকৌয়ে। ***(পাম্ফোইপী খোংকুল)***

*নোংপোক নিংথৌনা অশিখোইগী মতৌগুম, মশানৌ তম্ফা লাইরেম্মা পাম্ফোইবীবু উনবা লাকপদা নোং কন্না চুবদগী ইন্নফি চোৎপবু কংদরে। মরম অদুদগী মফম অদুবু কংতা কৌখি।*

*অশিখোইকুমনা - লাংবন থাদা লৈবাক্লা মহুম শাদুনা মচা কোনবা খোইগুম্না। খোইমোম লাইরেম্মপু - পাম্ফোইবী। ইনতাললকপাতা - লাকপদা। কোরৌ চিঙব্রাং ঈপু শুমথরকয়ে - নোং তারকই। ব্রাংপল নোংব্রাং ঈনা ফেনথরকপাপু - নোং কন্না তারকপবু। লংপা - নোংপোক নিংথৌ।*

## কংতা লৌরেলপা

তমপা ব্রাংঙমলোন পানথোইপীনা ঙানুরোন শিনতা অয়াঙফাপী মঈনখাঙপু। ঈনফুয় মায়রংশোন হংগেল তাইকঙলাক পৌরা লুরক চননা লেমনৈ ঙাপু চোপথেমনা। লাইজ ঈনপুক কাঙ তিল্লাং হাইশিৎ নানা লেমনৈ ঙাতাপাতা। অঙৌপা মশাপিপু ঙাইখমলিগুেতা। কোরৌ মচী ঈ ব্রাংপল থিঙলওনীক নোংথীচিঙলুমহও ফিমুনৈরুমশী লোইজিঙ হীকোক পৌতোংয়াল লংমাইকুমপা চেন্না হৈরে। কোরও চিঙব্রাংলককি শুমথরক ব্রাঙপল নোংব্রাংঈনা চাইনা ফেল। কোরও খীকনা চু ব্রাঙপল চাইনা ফেল্লপকিপু। তমপা ব্রাংঙমলোন কোংপা ঙাতাপীকি য়োয়পু চয়রৈ মইনফি মাললও মকানকপু কোরও চিঙব্রাংঈনা চোৎলে। তমপা লাইরেম্মনা ব্রাংঙম চয়রৈ মইনফি মাললও মকানপপু কংতারিগুেপু। মশাপি অঙৌপা পুরৈরোমপা লংমাইনিংথৌ কাইনও চিঙশোমপাপু লাকলকলে। থাপি শেনগোইরেঙ অপানপাতি তাউতনপা খোকমৈনেম নুমিৎ চিঙয়া পরুপাতা। য়াওরও শা তোকপা তোকমু মৈশাংপানা হাননা তমথরকয়ে কোয়রমলায়ে। য়াওরও শানিংথৌ চীরেল তোমপোকপাসুঙ কোননা ঈস্থারকয়ে কোয়রমলায়ে। অঙৌপা লংমাইনিংথৌ নোংপোক মালংহুমওইপানা

তাংখুল মচীপাপু শানা। চয়রৈ শেনখমনা মাললও য়ুচিংনানা কোননা ইন্থরকপাপু। তমপা ৱাংঙমলোননা চয়রৈ মইনফিপু কোরও নোংশামৈতা লাংচারিপানীকি তা। অঙৌপা মশাপিপু তাঙচা ঈকাইখি হুইয়াই শেনকোইখিয়ে। ঈশাপি অঙৌপা লংমাইনিংথৌ কাইনও চিঙশোমপা ও। তমপা ঐকী চয়রৈ ঈয়িনফি মাললও ঈকানকপু কংতারিঙৈ চয়রৈ নমনাকনা মাললও খোয়থোমনরিঙৈপু করিওইনা লাকলকপনো। ৱাঙম ঐতি তাঙচা ঈকাইয়ে হুইয়াই শেনকোইয়ে হায়নাতি ৱাওইঙাম্ববু। মশাপি অঙৌপা লংমাইনিংথৌনা তমপা ৱাংঙমলোনপু ঙকথী লুমলাং কোননা খজাই লেংলোয় চুপনা । পোমপী তুকুমপাপু চীললোক্লনা শানৌ তমপা ৱাংঙমলোন ও। তাঙচা করিকী ঈকাইপানো ঈকাইকুনো। তমপা চয়রৈ নইনফি মাললও নকানক অসিপু কংতাপাকিপু কংতা লওরেলপাও কৌসে। লাইজ ঈনৌ কারকপকিপু লমলেন চাওপীকোনও হায়সে। অসাইঙৈতা য়াওরও শাতোকপা তোকমু মৈশাংপানা হাননা তমথরকয়ে। য়াওর ও শানিংথৌসুঙ কোননা ইন্থরকয়ে। য়াওরও শানিংথৌ চীরেল তোমপোকপা লাইরেল কোয়মায়ুংসুঙ ইন্থরকয়ে। অতুকিপু কংতা শাওনকোই ও কৌসে। ***(পাম্ভোইপী খোংকুল)***

*মঈনখাঙপু - মাগী ইনবু। ঈনফুয় ... লুরকচন্না - ইন থাদুনা। চোপথেমনা - ঙা তানশিনবা। কোরৌ মচী ঈ ... চেন্না হৈরে - অমুবা নোংগী মপৈনা খোং লাউদুনা লোইজিঙ নোংমাইজিং চীংমাই পুম্বা কুপশিনখরে। কোরও চিঙৱাংলককি... চাইনা ফেল্লপকিপু - লৈমায় পুম্বা শিনথুংনা নোংতারবগীবু। মাললও - ফি। মকানকপু - মাগী ফনেকপু। কোর ও চিঙৱাং ঈনা চোৎলে - নোংনা চোৎলে। লাকলকলে - লাকলে। থাপি ... পক্লপাতা - নুমিৎ তাগদৌরবদা। লাংচারিপানীকিতা - কংহল্লিঙৈদা। চয়রৈ নমনাকনা মাললও খোয়থোমনরিঙৈপু - ফি অমত্তনা শেত্তুনা ইল্লিঙৈদবু।*

## কংতা শাওনকোই

অঙৌবা লৌ কংতা শাওনকোই লম্লেন চাওবীকোনও কৌবদি কদৌনোংগীনো। তস্ফা ৱাঙমলোন পাম্ভোইবীনা মশাবী অঙৌবা লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্ববু। ইনফুই মরীসোন হংগেন তাইকংলাক্লা পৌরা লুরকচন লেমলৈ ঙাচোপ থেম্লা ঙাইখম্বদা। ৱাংবন অৱাংবনা ফেনথরকএ। কোরৌ চীংপানা সুমথরক্লবগী মানলৌ মকানকপু চোৎলে। খোইমোম লাইরেস্মনা য়োইময়াই লাইরেল তাওদনবা কোরৌ নোংশামৈনা মাংগোন মনুংলাংদা লাংজববু কংদরিঙৈদা। লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বনা ৱাইথুংলয়ে। অদুনোংগীবু কংতাও কৌএ। লাইজ ঈনৌ কারকএ অদুনোংগীবু লম্লেন চাওবী কোন ও কৌএ। য়ারৌশা তোকপা তোকমু মৈশাংবনা তমথরকএ। য়ারৌ শানিংথৌ থৌদু নুংপাক কৌইরুৱা লাইরেল চীরেল তোমপোকপসুং ইনথরকএ। অদুনোংগীবু কংতা শাওনকোই তৌনা কৌএ। ***( লুৱাংলোন খোংকুল)***

## কংলা

লাইজ ইহৌরক্তুনা মালেম লৈকোই পুম্নমকপু ইশিংনা লুপখ্রবা মতমদা। মফম অসিগী পুংনা মালেম ময়োল ওইদুনা ৱাংবদগী মালেম লৈকোইপুং অতৈদগী হান্না লাইজ ইশিং কংখি। মালেম পুংময়োল ওইবনা ইহান হান্না লাইজ ইশিংবু কংই হায়বদগী কংলা পুংময়োল কৌনখি। ***(লম্মীৎলোন)***

## কংলৈ

(১) লাই খৈবিকপু কৌদনা গুরুনা হায়রে। লাইনখোই খৈবিকসু মাইকৈ নিপানমক্তা লম অমগী মপু ওইনা

খল্লুও হায়রে অদুগী লমখন কৌয়ে। অদুগা লাইখৈবিক্লা লমখন ওইরে। লমগী মরুদি গুরুগী ফন্বীনে মহাক্তি কংলানে। তাইবংপানবা অসিবু মফম অদুদা লৈদনা গুরু মহাক্তগী লৈথোক্লকয়ে হায়বগী কংলাবু কংলৈ লম্মহন কৌয়ে। *(অশোক শাংলমলেন)*

(২) তাইবংপানবা মপুশিদবনা হী মরু শিদববু য়েত্তা পায় য়াই মরু শিদববু ওইদা পায়। নুঙবী নাদববু য়েৎনা নেৎ নুঙনাং নাদববু ওইদা নেৎনা লৈয়ে। লৈমরেন শিদবীনা হী মনিক শিদববু য়েত্তা পায় য়াইমনিক শিদববু ওইদা পায়। মুক্তা য়াইমরুবু য়েৎনা নেৎ মনি হী মরুবু ওইনা নেত্তুনা লৈমরেন গুরু অনিমা লৈয়ে হায়বগীবু। কংলৈ পুংময়োন ময়াই সুমদোংপান কংলা থোনতরেৎ থোল্লাংমৈ মীরেন তোংমুরাবা চীং লাংশঙ চীংময়োলও কৌয়ে। *(নুঙলোন)*

(৩) চীংঙু নোংথৌ সোরারেন্না লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবা নংদি। নমোম মেনু লৈতববু লৈয়ে হায়না চিলহাবনে। চীংঙু ঐবু তাংশক্তে হায়না তিল্লাংমখোই শাওনা ব্রাতাথিখিয়ে। হয়েং কোরৌ নুমিৎ মঙানি শুরবগা কোরৌ খাক্তুম খাক ব্রাংবল লাওদুম লাওনা নোংলোন মখোংফুইনা চুথহল্লবগী লাইজ ঈনা ঙল্লকলে। কোংয়াং ব্রাতোন অব্রাংবসুং চীংলেন পল্লংলা অব্রাংবসুং থুল্লবদা। লাইরেল মচিন মনাওদি তোংনা য়ান্নফম্বু লৈতরে। অব্রাংলাইনা পাংবরমদা মিৎয়েং শানখৈখিববু। অব্রাং মোংবী চীংদাইরেম্বু থুমদবনিকিনিনা লেপ্লে ঙানা তৌবগুম মোংখৎখিয়ে। লাইরেল মচিন মনাওদি মোংবী চীংদাইরেম্বু য়ৌঙল্লবগা। কৌবা অঙাংঙানা লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবগা মশানৌ তাওথিংমাংগা অনিমবু খুজেং হংজি পায়না চিংখৎঙাময়ে। লাইরেল মচিন মনাওনা ব্রাহন্নকয়ে। কৌবা অঙাংঙাও শানৌ ইপিংঙাদি লাইজ ঈনা ঙাল্লবনিকিনিনা মোংবা চীংদাইরেম্বু ইন্দাল্লকপনে হায়থবদা। কৌবা অঙাংঙানা কোরৌ চিন্দুম চিল্লকপা ব্রাংবন লাওদুম লাওরকপা অসিবু ঐ থৌখামগে হায়না। কৌবা অঙাংঙানা কাওরেন শলথৌথী তেকপী ওকথৌথি তাওবা হুইথৌথি কাইরৈ য়েম্থৌথিগা। ঙাংলেন ঙাংজৌ মপান য়ান্না কোরৌমপীতোনবু থৌখাময়ে। ব্রাংবন থিংলৌ নিকপবু থৌথিংয়ে। লাইজ মথিনাই ঈমু মরাং হৌবদি চীংলেন নাপোম অনেম্বা হাওরৈ নোংচুপলা পাংবারমদা চেনথখিরে। লাইজ তলহৌবা ঈমু লেমহৌবদি লাইজ ঈরৈচন্না কংচিনখিরে কংলৈও তৌনা কৌয়ে। *(তুতেংলোন)*

(৪) লৈসু নোংসু লৈতরিঙৈদা অতিয়া শিদবনা হুলথোকলকঙৈদা। নুমিৎ থা অনিমাসুঙ নিলথোকলয়ে। অদুগা লৈ নোং সেমলকয়ে ফৈদোম মরী য়াৎয়ে। লৈপাক অমা সেময়ে। ফৈদোম অমদি মৈতৈ লৈবাকনে। অতিয়া শিদবনা মহাক্তগী অশীবা কোনচিন তুথোকপা অনীমা পুথোকহল্লে। অশীবনা তীনলুপ চিংহল্লে লাইগী নিংথৌ ওইহল্লে। লাই খিবিককী খুভম শেমলে। অতিয়া শিদবা কোনচিন তুথোকপা অনীমনা মীগী খুভম সেময়ে। অদুগা কংলৈ কৌয়ে। ময়ায় থিংক্রুচিঙবু নমখাঙওইনা কোনচিন তুথোকপনা মমিংদি হিতোংমিচি কৌয়ে। কংলৈ পুঙমায়োন কৌয়ে। *(থেনলোন)*

*লৈসু নোংসু লৈতরিঙৈদা - মালেম অতিয়া লৈতরিঙৈদা। হুলথোকলকঙৈদা - থোকলকঙৈদা। নিলথোকলয়ে - মপুঙ ফানা থোকলৈ। লৈ নোংসেমলকয়ে - লৈবাক অতিয়া শেম্লকই।*

(৫) মালেম লৈশেম্লকপা কোরৌ নোংহৌবীরকপা লাইয়িংথৌনা। লাহন্নোং মালেম লৈশেমলকঙৈগী পরিং লাংসং পূম্নমাবু। স্না য়োইকোন্নুং অসিদা শুপ্না চিংশিলবীরম্লে হায়বগী। কংলৈ ময়াই শুমতোংপাল মুব্রাপল্লি পুঙময়োনও তৌনা কৌয়ে। কংলা লৈকোইবেল অসিবু চিঙঙু লাইরেল তাওরোইনাই পাফল লিললা নিংথৌগী তাংজ লুরেনতোনগা শমু মখোঙদোন অকুইবনা। তুবি মাথোকফৈবু লৈরোংশানা খারাই লাইচম খনকুম সাল

সেমলাপাতা। লাইরেল মমৈতোনবু পাফন য়াদাচিকনা মালেম লৈশেমপুঙনে। লাইজ ইনামুংনা তুরেল থাঙতোং মথেকসুনা কংলা নোংলৈয়াঙবু কোইনা লাইজ ইচেনথরিয়ে। হায়বগী ময়ায় খুনবীরোকা কোনুং অচনবা ও তৌনা কৌয়ে। *( খল্লাং পাব্রারী অহইরোন)*

## কংলৈ ব্রাখায়কোন

(১) কংলৈ ব্রাখায়কোন ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। অসাইঙে কংলৈ লৈবাক মপা খাবা সোকচ্রোংবনা কংলৈ লমদাইরকপদা। লেমলৈ খেরাংথাং ঙাব্রা খুৎপুনচোং ব্রানচেং ব্রাইকুপ তাউনা। পেঙবাসু ফৌরক্লে। হৈরেম য়িনসুবীনা য়িনসুইএ খুনচান লোংহাইবী লোংতাই এ। লেম্লৈ চীপুঙশা ব্রানচেং চীগা পৈরে। ব্রাকয়ৈ হিনা হোনগে হোনঙমদা সমু খোঙনা পুগে পুঙমদে। তমফা কোরৌ অব্রাংবীনা মকে হাথানা খোইয়া লোঙচুমনরকানে হায়বগীবু। কোঙয়াং মচয়সুবু খায়না খললমএ। কংলৈ ব্রাখায়কোন ও কৌএ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*কংলৈ লৈবাক মপা - কংলৈগী নিংথৌ। খাবা সোকচ্রোংবা - কংলৈগী নিংথৌনি, মচানিপা খাবা তরমখোইনুচানা পাম্থোইবী লুহোংদুনা লৌই। কংলৈ লমদাইরকপদা - কংলৈগী লম ঈরাংলকপদা। লেমলৈ খেরাংথাং - ঙানা চোংথোক চোংশিন শান্নরকপা। ঙাব্রা খুৎপুনচোং - ঙাব্রা কৌবা ঙাশিংনা পুন্না পুন্না চোংবা। ব্রানচেং ব্রাইকুপ তাউনা - ঙানা ব্রাইকুপ তাউবগু তাউবা। পেঙবাসু ফৌরকলে - পেঙবা কৌবা ঙাসু ঈশিং ইমায়দা শিনথুংনা লৈরক্লে। হৈরেম খুনচান - খুমনগা তাইননা খা মায়গৈদা লৈরম্বা খুৎকন পাঙ্গনবা কাঙলুপ। ককচিঙগী লমদা কোনয়াই থাবদা " হৌ হৈরেম খুঞ্জানবু লম্মহল ও" হায়না শোল্লি। য়িনসুবী - ইনচিংবী। লোংহাইবী - লোংখোনবা হৈবী। লোংতাইএ - লোংখোল্লি। লেমলৈ - ঙা। চীপুংশা - চীংগুম্না পৈখৎলকপা। ব্রানচেং চীগা পৈরে - ঙানা চীংদুম শানা পৈরে। মকে হাথানা খোইয়া লোঙচুমনরকানে - পুমদুনা হয়িং ইল্লগনি। কোঙয়াং মচয়সুবু - ব্রাগী চৈশুবু।*

(২) থেপা নাহাকপা মমোম মুমশিললাং অশীনপী মুমশিললাং অতাউপীনা। চয়রৈ মকাফোংপা ব্রাকী কংলৈ লমনা ওল্লে। লেমলৈ খেরাংথাংতানা ব্রানজেং ব্রাইকুপ তাউতানা। পেঙপা লুরোয় কাতানা ঙাব্রা খুৎপুন চোংতানা। লাইচা ইরোননুংতা লৈকু লৈরাইখাতা কাওশিঙ কাওরানুংতা। লেমলৈ অপকঙাপু কাতানা শানফোংতানা শাম্বুপখিরপাকী। খাপা শোকচ্রোংপা কংলৈ লৈপাক মপানা পাওমেনখিয়ে। ইতাইরেম য়োয়রেল লাংকোল চুমপা নংতি। কংলৈ লমনা ওনপা অসীপু খোমলেন মঙচঙলাও হায়থারাপাতা। য়োয়রেল লাংকোলচুমপানা খোমলেন মঙচঙপাপু। চিঙঙু কংলৈ লৈপাক মাপানা পাওমেলঙামযে। তাইয়ম য়োয়রেল লাংকোল চুমপা ও। থেপা নহাকপা মমোম মুমশীললাং অশীনপীনা। মোমনু চয়রৈ মকানপপু মকাফোংপা ব্রাকি কংলৈ লমওনপানে। কংলৈ লমতাইরাও হায়না খোমলেন মঙপাউ চেললকপা ব্রাকি। খাপা শোকচ্রোংপানা তেকপী ওকলাংমৈনা শারেল লূককাচিং। শংলৌ খিকথংনানা কোম্থা য়াইকাথা। চকফি লমহম চংপীলা চেঙঙৌ ফানা হাপ লৈরাংকা হুল য়েললূম লৈকাপীনা লমতাইপাপু। লেমলৈ অপকঙাসু কাসুঙ কানা মকোইফোংলে। পেঙপা মুক্লাং লূরোয়কা লেমলৈ ঙা মশিঙশুনা লেমলৈ খেরাংথাং ব্রানচেং ব্রাইকুপ তাউরাপাকী। কংলৈ লৈপাক মাপানা ইতাইরেম হয়রেম ইনশূপী নঙখোয় ইলচিংলাউও হায়রাপাতা। হয়রেম ইননা হৈপী খুনচান লোংনা হৈপীনা ঙাতাপাপু লেমলৈ ঙায়াম ফারে। ব্রাকয়ৈ হিনা হোনঙমতা শমু খোঙনা পুঙমতারাপাকি লেমলৈ ঙায়াম পৈরাপাতা। তমপা ব্রাংঙমলোননা লেমলৈ তিঙলীতৎ ঙাব্রা ফূমফৌরোননা। মকে হাথানা খোইয়া

লোকচুমনারাকানে হায়পাকিপু। তমপা ৱাংঙমলোননা ৱাংঙম কোঙয়াঙ মচয়শুপু লাংলেল ৱাপুক খায়না খললময়ে। অতুনোংকিপু কংলৈ ৱাখায়কোনও তৌনা কৌয়ে। ***(পাম্মোইপী খোংকুল)***

## কাইনৌ লৌচীংখৈ

শেল্লোয় চীংলেন নাপোম্মদি অৱাং কাইনৌ লৌচীংখৈ চীংখৈ লমনুংশিও কৌবদি কদৌনোংগীনো। মমা লৈনুংপিয়াইনুচা চীংখোং পোইরৈতোন লৈনুং য়োইচাখা চাখা খোংফাং অতোনবা খুনবী পোংমহন খুনুং য়োইচাখা অরিবনা। পোইরৈ শিদবা ৱাংঙম নাদববু লৈরিগবরা তাইবং নোংশাপান অসিবু পাম্মুইয়ে। থৌদু মফম শামদবা চেঙজা খুফম হোংদবা লাইজ ময়েং তাদবা কোংয়াং কংলাং থাংদববু লৈরিগবরা হায়না। পল্লেম মমা লাইকোয়থোং খুয়া থৌবী মঙম হোং য়োৎপী চৈশু মথৌকুমনা। লোইবী চীংবুরোই হেম্বা তম্মুকেন খুনবী লাংদোন কোইনা খুনথিরকপবু লোইবী শিদবা হেম্বা নাদববু লৈঙমদে হায়না। চীংখোঙ পোইরৈতোন্না শাবি ইতৈলৈমা লৈমা লৈনাউতাবী লাচম থোংখোঙশেম্বা চীংয়া লাইফাথেংবা। চীংনুং খারো লাইহনবা চনু লৈমা লাইহন্নুও। তাইবং নোংশাপানবু পাম্মুইয়ে হায়না খুনথিবসু শেনবী শিদবা কবো নাদববু লৈঙমদে। পোইরৈ শিদবা ৱাংঙম নাদবসুং লৈঙমদে। শেল্লোয় নাকপকমা লংমাই চীংশামা অসিদা খৈরমসে হায়না য়োৎপী মচৈশুবু মালেম লৈদা খৈরময়ে। অদুনোংগীবু চীংখৈ ও তৌনা কৌএ।

চীংখৈ থোনমরক্তি। কাইনৌও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চীংখৈরাকপা শেল্লোয় চীংমঙনবু তান্না খনবনা। ইপারি পুরাবাও নঙবু ইপারিতানিগীদি লাংবন উয়ুংশুক শুকমু তোন্দাংবা অসিবু পায়মা ননিংশানা কামখায় ও। ইমোম পুরিবী নংসুং ইমোমতাআনিগীদি থৌদু হুপমিবা চেঙজা তুনানবা অসিবু পায়মা ননিংশানা ফেনখায় ও হায়খিয়ে। মপারি পুরাবনা লাংবন উয়ুংশীং শুকপু পায়মা মনিংশানা কামখায়ববু কামখায় ঙমদাখিয়ে। মমোম পুরিবীনা থৌদু হুপমিবা চেঙজা তুনানববু পায়মা মনিংশানা ফেনখায়রে। অদুনোংগীবু কাইনৌ লৌচীংখৈও থোন্নৈয়ে। ***(নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোল)***

*মৈতৈ নিংথৌ থৌৱানথাবগী মচানুপী তম্ফা ৱাংঙম্লোনবু খুমননিংথৌ পুন্সিবদা লুহোংঙৈদা, মচা ইবেম্মনা কাইনৌ লৌচীংখৈ উনবীয়ু হায়রবদা চীংগী মহুত্তা মমোমগী মমিংদুম কাইনৌ চীংখৈ থানবী হায়না মিং হোংখি। চীং অদুবুসু অমুকহন্না ৱাংঙমলোন চীংখৈথানবী লনউনচীং হায়না মিংথোনখি।*

## কাইরং ইংখোল

থাঙৱায় মাদাইমদি লৈমা লাইখোঙতেনবী নোংথৌ কুরাউবাচনুবু। লাইরেল মৈতিংঙু নাউথিঙখোংদা কাওজানঙৈদা পোইরৈ তমদা তানা ৱাংঙম তমদা কুমনা লাকপদা। ইপল লেরালমবু করম মালবু মালবনো হায়না শোল্লময়ে। কাইরং মাপান ফুকনা থারময়ে। অদুনোংগীবু কাইরং ইংখোলও তৌনা কৌয়ে।

***(থাঙৱায়রোন)***

*কাইরং ইংখোল অমসুং কাইরংপোক লম অমত্তনি। অৱাং মায়ৈগেগী লমদম অমদি নিংথৌ কুরাউবা চনুগী মচানুপীবু মৈতৈ নিংথৌ নাউথিঙখোং (খৃ: ৬৬৩ - ৭৬৩) দা থাজঙৈদা চীংদগী মৈতৈ তমপাক্তা কুমলকপদা ইপাগী লেরা লমবু করম মালবনো হায়না কাইরং পাম্বী থারমই। অদুদগী কাইরং ইংখোল কৌখি।*

## কাইরংপোক

চীংলেন নাপোম্মদি নিংথৌ কুরাওবা চনু লৈমা খোমদেনবী শাবন লমথোকপা কোংলৌ লময়েংবদা। ইপল লেরালমবু ইদু খোংনাংলমবু করম মানবু মানবনো হায়না পামেন কাইরং মপান ফুকনা থারমএ। অদুনোংগীবু লমলেন কাইরংপোক ও কৌএ। ***(লাঙোল চীঙোইরোল)***

*শাবন লমথোকপা কোংলৌ লময়েংবদা - লমহাং অচিকপদা কোয়থোক্লুনা লময়েংবা। লেরা খোংনাং - চীংঙাংলক্পী পুরৈরোম্বা (অঙোম) না হাওনিংশং নুলৈশংবী,লিক্লাপিচা নোংদমনু , পিথেংলৈমা অহুম্মক পান্নৈ। লিক্লাপিচা নোংদমনুনা খোইদোম ,মান্দোম পোকই। খোইদোমনা নোংবান ফান্তেক ওইখি মান্দোমদি লেরা খোংনাং ওইখি। মান্দোমনা তিংগোই নিংথৌচনু পান্নদুনা শ্বাং পোকই। শ্বাংনা য়াইবী লৈমা পান্নদুনা লেরা পোকই। লেরানা ঙানুসু পান্নদুনা খোংনাং পোকই। খোংনাংনা ঙানু (ঙানবগী নিঙোল) পান্নদুনা লম্বুই , কপোম, তেলোই, লৈসন পোকই। মখোয় মরি চীংমী ওইখি।*

*চীংগী হায়থখিবা নাপোম অমদা লেরা খোংনাংগী নিংথৌ কুরাওবগী মচানুপী লৈমা খোমদেনবীনা লমহাংদা থোক্লুনা লময়েংবদা, ইপা ইবুংগী লমদম লেরা খোংনাংবু করম্মা অসুক মানবু মানবনো হায়না কাইরং কৌবা উ মপাল ফুক্লা থারম্মী অদুদগী লম অদুবু কাইরংপোক কৌখি।*

## কাকা অহনবা খুম্থিৱাই

কাকা অহনবা খুম্থিৱাইও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাহান্নোং হায়িঙৈদা থোংনাং মানচেংসুচা মপারি পোইরৈ খুলপামবা কাকা অহলবা কাকা অতোনবা শানৌ মচিন মনাওনা কবো মারেম য়োৎশুংবা ক্যাং মেনতুম থাংশাবদা তেৎনৌ য়োৎৱানগে হায়না মরাল থৌচৎলকপদা। হে সেনবী ইপাচা কাবো চংশোই ঙাথিবা চীংশাং ৱাতোল থৎপা পামেল খেচুম য়াবা ও। অয়িম পোইরৈ মৈতৈগী ইয়ুৱা চীংখোঙ পোইরৈতোন খুলবী পোংমহনগী য়াংলৌ মরৌরেন পোইরৈ মৈতৈফাওবা লমবু কদাইনো হায়না পাওহংঙময়ে। অদুনোংগীবু কাকা অহলবা খুম্থিৱাইও তৌনা কৌয়ে ***( (নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*কাকা অহনবা খুম্থিৱাই কৌখিবদি থাইনা মমাংঙৈদা থোংনাং মানচেংসুচাগী মচানিপা মৈতৈদা লৈজনীংবা কাকা অহনবা কাকা অতোনবা কৌবা মচিন মনাওনা কবোগী মারেম য়োৎশুংবা ক্যাং মেনতুম থাংশাবদা য়োৎ লৈগে হায়না লাকলম্মী। মখোয়না হে কবোগী ইপা ইচা ওইবশিং ও,শোয়দা ঙা ফারিবা চীংগী উতোন ৱাতোম্দগী য়েনশাং হেক্লিবা , উপাম্বী খেউ কৌবদগী খে মচুম য়ারিবা নখোয় পুম্নমক ঐখোয় মৈতৈগী ইপা ইপু ওইবা খুনশেম লৈশেম্লকপদা য়াওরবা মী অহন চীংখোঙ পোইরৈতোনগী লৌফম ফাওরগা মৈতৈ তাবা লম্বীবু কদাইনো হায়না হংলম্মী। অদুদগী মফম অদু কাকা অহনগী খুনথিফম কৌখি।*

## কাঙঙোই

কাঙঙোইও কৌবদি চীংখোঙ পোইরৈতোনবু লোইবী মচেৎমানা কাঙনা কাঙনা য়েংঙাময়ে কাঙঙোই ও কৌয়ে। ***( পোইরৈতোন খুন্থোক)***

## কাঙখক

কাঙখক খুললেল্লেও কৌপাতি কতৌনোংকীনো। মায়িম সেলপী ব্রাহায়নানা হংঙোইপু কাঙখকও কৌয়ে। হংঙোই কাঙখকনা সেলপী মাতাইমা কপো মাখনমাতা। য়িঙা কুমচেল লাউ য়িংলেল কুমখায়তমনা হংঙোই য়োমতমপৈ কাঙখক মনিল নাইনারে। অতুনোংকীপু কাঙখক খুললেল্লেও কৌয়। ***(মৈতৈ নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*মহারাজ ভৈগ্যাচন্দ্রনা পাল্লবা তুংদা মরামপা গৌরশ্যামনা নিংথৌ ওইবা মতমদা কাঙখক লান্দাদুনা ঙক্লকই। কাঙখক - মৈতৈ নিংথৌ কিয়াম্বগা পোংনিংথৌ চৌফাখিকখোম্বগা লম য়েন্নবগী লমখৈ অমনি।*

## কাঙ্গুবী লৈতানপোক

কেগে মোইরাং খোইরি নামোইয়াঙগী কাওরেল মশলচা ঙাংবা চীশাংবা মচী শংগাই হাইতুম্নবা কাওগা। অদোন নোংয়াই থিঙগোল মুবীচাগী কাওরেল মশলচা ঙৌবা চীদেনবগা। কাওরেন মচী তেনবগী তেনৌ হেকঙাই পঞ্জনহুকপা কাওগা। মানবী চীয়েনা কাওরেল লাইথেংনববু। কেগে খোইরি নামোইয়াংগী কাওরেল মশলচা মচী শংগাই হাইতুম্নবনা মানবী চীয়েখেৎলে কাওরেল লাইথেংথোক্লে। ঙাংবা চীশাংবনা ঙৌবাচীদেনববু মমৈমনা কাঙনা তানখৎলে। অদুনোংগীবু কাঙগ্রুবী লৈতান পোকও তৌনা কৌয়ে। ঙৌবা মচীতেনবগী তেৎনৌ হেকঙাই লোঙখুম হুকপবু মালেম লৈতারৌরে হেকঙাই লোঙখুমতাও থোন্নেয়ে। ঙাংবনা ঙৌবা চীদেনববু মচী মরৈ ফাওনা ব্রাইখৎলে লমলেন লাইফৌও তৌনা কৌয়ে। ***(শল কাও)***

*মোইরাংগী খোইরি নামোইয়াঙ কৌবগী মচীশাংবা শংগাইগুম্না তুম্বা শল অঙাংবগা, খুমনগী থিঙগোল মুবীচাকী শল অঙৌবা চীদেনবা, মচী তেল্লি হায়বগী য়োৎনা লোঙখুম হুকচিন্দুনা শাংহনবা শলগা, শল অনীনা মচী মচী য়ৌশিন্দুনা ব্রাইনবদা মোইরাংগী খোইরি নামোইয়াঙগী মচী শংগাইগুম্না তুম্বনা মচীনা খত্তুনা ব্রাইথেক্লে। ঙাংবা চীশাংবনা ঙৌবা চীদেনববু মমৈ মনা কাঙনা তানখৎলক্লে। অদুগীবু কাঙ্গুবী লৈতানপোক কৌখি।*

## কাংপোকপী

কঙকোই কৌবদি কদৌনোংগীনো হায়রবদি নিংথৌ কাংবগা লৈমগা অনীমানা কোরৌ নোংচা অমা লমকোয়বা থোকলকএ। চাকশৌপুংসুং য়েংলমএ। নিংথৌগী লৈমদি লম্মখাঙদা পঙবা নাব্রা পিবুকয়ানবু লোইদাম থাবুম নিপান শুরববু লোইদাম মথং মথং লাম্থুখিরে। লোইদাম থাবুম তরা হায়রবগা লম্মখাঙদা মপারি নাব্রা পঙববু তাইবং য়িফাওনরকখিএ। মফম অসিবু কাংবা চাদাফম লৈমা নাউদাফমনে হায়ববু হয়েং পোইরৈ চাদোন্না ব্রাংঙমশুদোন তাবশিংনা খঙনবা কাংপোকপী ও তৌনা কৌএ। নিংথৌ শেনবা মনাইশিংনা নিংথৌগী মচাবু তুলাইদা ব্রানা পুরকএ। নিংথৌসুং কোয়না শেন্না পুরকএ হায়বগী কংকোইপোকপাও হায়না মিংথোনখিএ। ***(নিংথৌ কাঙবরোন)***

## কাচাই

কাচাই খুললেল্লেও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কৌবা অঙাংঙানা লিনব্রাইমরুগী মরান ওন্দেরকঙৈদা তারা মচাক য়োম্বু চাইথোকলমএ। অদুনোংগীবু কাচাইও কৌএ। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

## কাতাং খুৎয়ানফম

(১) মোংবা মদাইমাদি মৈতেংঙু লোইনাই থৱানথাবা কদাং খৌচাউবী খৌচাউবা। থোংথোকপা ফুরামপা কাতাংসু ফৌওইমাংববু সমু মখুৎ ককনা য়াল্লমএ। কাতাং খুৎয়ানফমও তৌনা কৌএ। *( তোরৈরোল লম্বুবা)*

(২) মৈতিংঙু লোইনাই থৱানথাবনা থোংথোক ফুরামপা কাতাংসু ফৌওইপী মাঙববু সমু মখুৎ ককনা য়াললমএ। কাতাং খুৎয়ানফম ও তৌনা কৌএ। *(অহোঙপুঙ লাললুপান)*

## কাতুং কারাংমৈ

কাতুং কারাংমৈও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহালনোং হয়িঙৈদা খাবা তৌওৎনা য়াংবা ফামলোই তানগে তানঙমদঙৈ। লোল্লাং পাখংবনা খাবা চেপলোইনবনা য়াংবা লোইখোইবনা খঙগনে হায়না লৈনুং লোঞ্জা অরিবা কোরৌ নোংমাববু লোইবী মপুঙয়ায়দা তুবি লোনচৎনা লৈনুংলোঞ্জা অরিবা সানথুপঙমএ। অদুনোংগী লোৎপা খুনও কৌববু ময়িম লোইবী মনিল নাইবনা কাতুং কারাংমৈ ও থোন্নৈএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## কাঞ্চিপুর

লমলেন লমলাংতোংদা নোইনাইনা শাংনা য়াঙ্গোইরমলবগা। লাল্লোই ময়াইরম থোংলেনতাইপী লাংথবান কুৱাপী লাইমনখোংদা কোনুং সহরবু শেমলগে হায়না নীংলদনা পোইরৈ লৈপাক পুম্না তিন্না থৌনাএ। লৈপন পঞ্চাও কোয়না গোলোকনাথ মপুরেনগী খোইমোম লাইশঙশা। মাঙোপ চাওকোই শেম মৈদিংঙুগী কোলোই শঙ্গাই চাউনাশা পুখ্রি লৈফম চাউনা তৌ ময়ুম চাউকোই লৈনবু চীংঙু নোংথৌ সোরারেন্না মালেম তম্পাক লৈতোরকপগুম অসুম্না লৈপাক ময়াইচন্না হোংজিল্লকলে। কোনুং মমিংথোংবু কাঞ্চিপুরও তৌনা কৌএ।
*( শামু ফাবা )*

*লমলেন ... য়াঙ্গোইরমলবগা - মৈদিংঙু ভৈগ্যাচন্দ্রনা লমলাংদোংদা মতম শাংনা লৈরম্লগা। থৌনাএ - থবক শুই। মৈদিংঙুগী - মৈতৈনিংথৌ ভৈগ্যাচন্দ্রগী। লাংথবান কাঞ্চিপুর কৌরকপসি মহারাজ ভৈগ্যাচন্দ্রগী মতমদনি। চৈথারোল কুম্বাবদা ভৈগ্যাচন্দ্র মহারাজনা লাংথবান্দা হোংলকপা - " শক ১৬৯৭ ... ফাইরেল ১৯ নি থাংজদা মহারাজনা লমলাংতোংদা কুমএ। লমতাথা য়ুমশকৈশনা হলএ অদু নুমিত্তা কাইনাদা থৈবোং য়েংবা চৎলে। কাইনাদা পাঙনবমবু অৱা অনা কোকপিখিয়ে। শক ১৬৯৮ ... হিয়াংগৈ ১২ নি ইরাই নুমিৎকী অয়ুক য়ুথক মতুং পুং ১ চংলকপা নিংথৌকাবগী ক্ষেন মেহিন্দ্রিগী ক্ষেন্দা শ্রীগোবিন্দ নির্পন তৌএ। শক ১৭০০ ... ৱাকচিং ৭ নি লংমাইজিংদা মহারাজনা লাংথবান য়ুমফম য়েংবা চৎলে। শক ১৭০১ ... শজিবু ১৩ নি য়ুমশকৈশদা কাঞ্চিপুরদা ইবুংশি য়ুবরাজনা নিংথেমগী শংগাইরেন শাইএ ... কালেন ৩ নি লৈপাকপোকপদা মহারাজনচিংনা বিষ্ণুপুরদগী কাঞ্চিপুর তান্না লৈপাক পুম্নমা ওংএ।" শকাব্দ ১৬৯৭ ফাইরেন ১৬ নিদা মহারাজ ভৈগ্যাচন্দ্র ময়াংদগী থুংলবগা ১৮ নি ইরাইদা লৈবাক ঙাক্লম্বা ৱাংখৈবু ময়াংদা তাম্থোকখি। লমলাংদোংদা গোবিন্দ নির্পল তৌরবা তুংদা লাংথবান্দা হোংলকখি।*

## কানা হংপাকোন

লৈমা লৈনাউতাপী চাখা খুনুং লাইহনপানা পোকপী লৈমা লাইহননুনা। সানৌ চীংখোঙ পোইরৈতোন ও

লাইচা য়িচিল অসিতি করিনো পাউহংখিএ। কানা হংপাকোন ও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## কাপুকখল

থাঙবায় মদাইমদি লমলেল কাপুকখল ও কৌবদি । তানলোয় য়েকনাবা লুমলেন খমপালবাগী নামু পুকফাংনা লাংলেল কোঙয়াঙবাবু খায়না খল্লময়ে। অদুনোংগীবু কাপুক খল ও তৌনা কৌয়ে। *( থাঙবায়রোন)*

## কাবুক চীংমতোল

শেল্লোয় চীংশামদি লংমাই কাবুং চীংমতোলও কৌবদি কদৌনোংগীনো। অঙৌবা পুরৈরোম্বা থৌদু নুংপাক কোইরুবা চীরেন তোম্পোকপবু। লুবাং খোইদোম অতোনবা মান্দোম অহনবনা তান্নরকঙৈ মালেম নৈদা ওন্না খাঙলমএ। লুবাং লংমাইবনা অঙৌবা পুরৈরোম্ববু চরৈ নাহোংশানা লংমাই লংবা চীংদা পুখৎলমএ। অদুনোংগীবু শেল্লোয়না পুবাচীং লংমাই কাবুকচীংমতোল ও তৌনা কৌএ।*(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

## কামরংখা

কামরংখা ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। থোংনাং পদখোর নিংথৌরেলগী মদাইরেম পাঙল থারুক পসুতোল চুহি চাংকাতাল চিনি খলকা ওল তাওচিং চুচপলোইও কৌববু কামরংখাও কৌয়ে। অদুগী মফম অদুবু কামরংখা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*কামরংখা হায়না কৌখিবদি করম্না নুমিৎতগীনো। ময়াং পদখোর কৌবা নিংথৌরেলগী মনাই বাঙ্গালগী মুসলমান পাসুতোল চুহি চাংতমদুনা চিনিগী অরুম্বা ওনবা হৈগী মশক্কল্লবা চুদগী চুহি শুম্না মীবু কামরংখা কৌই। মরম অদুদগী মফম অদুবু কামরংখা হায়না কৌখি।*

## কামাখ্যা

খোইমোম লাইফম ১সুঙ য়োইবু মহাময়ারেন কামমুখুৎ থৌদু নুঙখেননৈমা চেঙচা নুঙখোম সাফাপী থৌদু নুঙমোন লাইরুরেল সৈওনপী অদুসুঙ লোইদাম থাজ খুদিং রিতু পালতা ফাওনা সিঙলেন নৈসক সালফোঙয়ে হায়না পাওমেনবা অদুসুঙ কামাখ্যা হায়না মিংথোনসে। *(সনামহি লাইকন)*

*মহারাজ গরিবনিরাজগী মতমদা হিয়াংথাং লাইরেম্বীবু শান্তিদাস লম্বোইবনা কামাখ্যা থোনখি।*

## ক্যামগৈ

খৃষ্টাব্দ ১৪৬৭ পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা পাল্লম্বা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী তরা চেংগৈ লোইমোম ফৌগৈ ওইরম্মী হায়বগী। নিংথৌ কোলোয় মমিং লৌদুনা মফম অদুবু ক্যামগৈ কৌনখি। *(লম্মীংলোন )*

## কায়রৈ য়েনখারৌ

(১) কেকে ৱোকনারেল ঙাংঙোই থংনরেলকীপু কায়রৈ য়েনখারৌৱো কৌপাতি কতৌনোংকিনো। কৌপারেল অঙাংঙা মপারি খুয়োল য়োইথোকচাউ থোকচাউ অহনপানা। মেনতে লিসিংখা মেননোং নুংকাইচীংগী কেকে খুনকুমলক মোইরাং খুনতারকঙৈতা। কেকে মপাচা মসেনপু অথেংতুম খুয়োন য়াংপা মসিংখায় মসেনপু মেননা

তাইনখিএ। কেকে য়িপাচাসিংব্রো ঐখোয় কেকে য়িপললমপু য়িনতাললকপা অসিপু। য়ারৌ সাপু থেং হুয়েল লানপু ব্রোকনারাকাতারা খঙতে হায়না তেকপী সাপৈয়েং কায়রৈ য়েনখা সেৎনা পাতমলমএ। অতুনোংকিপু কেকে ব্রোকনারেল ঙাংঙোই থংনরেল খুয়োন মেনমতাক খোইনাই তাইপীলৌ পুকফাৎ সাপৈরৌ কায়রৈ য়েনখালৌব্রো তৌনা কৌএ। ***(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

(২) লমলেন লোকলাও নিংথৌখোং খুয়োল মেলনমতাক খোইনাই তাইপীলৌ পুকফাৎ সাপৈরৌ কায়বৈ য়েনলুলৌও কৌবদি কদৌনোংগীনো। খোইমোম কৌপারু অঙাংঙাকা খুয়োল য়োইথোপচাও থোপচাও অহলবগা খোইয়ম অনীমবু ওকনরে। কায়রৈ য়েলসুঙ মখাসেৎ তেকপি ওকসুং সাপৈলৌনা ওকনারে হায়বগীবু কেগে ওকনরেল মোইরাং থংনরেন খুয়োন মেলনমতাক কায়রৈ য়েনখারৌ খোইনাই তাইবিলৌ পুকফাৎ সাপৈলৌ থোন্নেয়ে। ***(মোইরাং লৈকোই পুঙ)***

*থৌদোক ব্রাথোক খরা খেন্নজরবসু লমদি অমত্তা ওইবা অসি মৈতৈগী লম্মীংলোনসিংদা থেঙনৈ। ওক্ররেন থংনরেনবু কায়রৈ য়েনখারৌ কৌবদি করিদগীনো। কৌক্রগী কৌবরেন অঙাংঙাগী মচানিপা থোকচাউ অহনবানা মেন্দে লিসিংখা মেন্নোং নুংগাইচীংদগী মোইরাংদা কুমলক্কুনা খুন্দারকঙৈদা মোইরাং মপা মচা মশেনবু উনবদা পুকমেন পাওমেন্নজখি। মোইরাং ইপাচাশিংও ঐখোয়না মোইরাং ইপা ইপলগী লমদা লাকপা অসিবু শা থেংনগদ্রা লাল ওক্রগবরা খঙদে হায়না ওক্রী সাপৈয়েং য়েনগী মখা শেৎলগা খুদম চাংদম য়েংলম্মী। অদুগীবু কেগে ওক্ররেন ঙাংঙোই থংনরেন খুয়োন মেনমতাক খোইনাই তাইবী লৌ পুকফাৎ শাপৈলৌ কায়রৈ য়েনখালৌ কৌখি।*

## কায়িং কায়াংলৈ

থাঙঙা মাদাইমা লমলেল কায়িং কায়াংলৈও কৌবদি কদৌনোংগীনো। অদোল নোংয়াই খুমললৈমা কমপোংথেমচনু সঙদিঙঙালবি নারুম কাঙবীনা লাইরেল মানেমমাচা হোঙনেমযোয় খুনজাওবু লমওকনগে ইনদাললকঙৈ মারাল ওনদেরকপদা। মাপল থাঙা আমুকোইবু ব্রারকখিয়ে মদু কমবোং অঙৌকোইবু ব্রাতেমখিয়ে। ইপল থাঙা অমুকোয় ইদু কমবোং অঙৌ কোইও কোয়চুনাদে। অয়ুক লাললৈতববু লালচেলয়ে নুমিদাং কমবোং মৈরৈতববু মৈচেলয়ে হায়না মপল ব্রারকপা মদু থৌখামপাপু। ইমোম নোংয়াই খুমল লৈমা সঙদিঙঙালবী নারুমকাঙবীও নংবুদুম নোংয়াই চাওবপুঙ অদোল সাংবায়ায়দা হায়নায়ে। য়েনতাক তোংথিলয়ে ঙাখা খুৎতময়ে খমনিঙ থোকলা ব্রামা হায়য়ে। খমমাঙ থোকলা পাওমা তময়ে হায়না নোংয়াই চাওবা পুঙদা হায়নায়ে হায়না। খানা নানাব্রাবু লালবু য়ামনা হায়নবময়ে। অদু নোংগীবু ব্রারেল খারমলালও তৌনা কৌয়ে। মপল ব্রারকলম মদু থৌখামলমলবগা মারান ওনদেরকপদা। য়োইময়াই তাউদলবনা মতাং তেলবনিগীনা মাদাইরেম হাওচা তৌরেলব্রাক খোলফবগা ঙাইরোয়নরকপদা। ইসঙ লৈনাসা লমসঙ লৈনা খলনা কৌবা য়ারেকলময়ে। মাপাম থাঙঙা তেংথানা মদু কমবোং মীকৌননা ইসঙ লৈনা সাববু কায়িংলৈও কৌয়ে। লমসঙ লৈনা সাববুদি কায়াংলৈও থোলনায়ে। অদুনোংগীবু লমলেল কায়িং কায়াংলৈও তৌনা কৌয়ে। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

## কারাম

তোরয় নমসাংমাতি। কাইপী সাওমপল থোঙলেন লমকালামও কৌপাতি। মৈতেংঙু লোইনাই থব্রানথাপা

কাইপীয়েক সাওম সাওম খুচুমমু। সাওম থরাইতাঙপু সমু তুংতালয় পামেল উতা পুননা নোংয়াই লমচলএ অতোন লমলোকএ। নোংয়াই খাথানা অতোন লাইথানা মৈতেংঙু অয়াংপা সরীচোংপাও। নোংয়াই য়িপল লমপু করম লমচনবনো হায়খিএ। থোঙলেন লম কালামও থোননৈএ। ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*কারাম - শামুরৌ অমসুং চজিং খুন অনীগী মরক্তা লৈবা লম অমনি। কাইপী - শাওম। সাওমপল - শাওমনা পনবা মফম। থোঙলেন - থোং, থোংজাও। লোইনাই থরানথাবা - খৃ: ১১৯৫ - ১২৩১ ফাওবা পানখিবা মৈতৈনিংথৌ। খুচুমমু - মখোঙ মুবা। থরাইতাঙপু - মথা তাঙববু, লাইবক তাঙববু। সমু তুংতালয় - মখোঙ মখুৎ পুনশিনবা। নোংয়াই লমচলএ অতোন লমলোকএ - খুমনগী লম লৌশিল্লম্মী। নোংয়াই খাথানা অতোন লাইথানা - খুমনগী খা-রাংদা লৈবা মী পুম্বনা। অয়াংপা সরীচোংপা - থরানথাবা নিংথৌগী মমিং অমা। য়িপললমপু - ইপাগী লমবু। লমচনবনো - লম লৌশনবনো।*

## কারাল য়োংখাঙচিঙ

লংমাই কারাল য়োংখাঙচিঙও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নুংবান নুঙকাংপামপাকা মপারি হাওবা তেকপাকা নোইবী খংঙাইথেংগে মারাল থৌচৎলকপদা। চীঙয়ায়খু য়োংনাও সাথীবা মপল নোংপাল য়ৌয়েংপীচা কৌপা লীহৈপামপা তললা চেনকাবা পামেল চেনকুমবানা। খাঙসুঙ খাঙঙাময়ে লালসুঙ লালঙাময়ে। নুংপাল নুঙকাংপামপানা পারি হাওবা তেকপাও রায়রা সারা হুয়েল লাললা পাওহংববু। মপারি হাওবা তেকপানা ইপলও রায়রা সা হুয়েল লালসুঙ নৎতে। চিঙয়ায় খুয়োংনাও য়োংনাও সাথীবনে পাওখুমখিয়ে। মাপল পলথৌ নিংথৌনা পারিও সেললোয় মাখনমা অসিসুঙ কারাল য়োংখাঙচিঙও কৌসে হায়খিয়ে। নপল ঐগী কোনলোয় ইমিংথোঙসুঙ নোংপাল য়োংখংপাও কৌবদি কদৌনগো তাঙজ ইকাইয়ে হুয়াই সেনখোয়য়ে। নোংপাল নুঙকাংপামপা মিংহোংসে হায়খিয়ে। নোংপাল নুঙকাংপামপা মিংহোংচিঙ কারাল য়োংখাঙচিঙও তৌনা কৌয়ে। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*খংঙাইথেংগে - খংঙাই খুন্দা লান্দাগে। মারাল থৌচৎলকপদা - লাল লাকপদা, থবক চৎথোকলকপদা। চীঙয়ায়খু য়োংনাও - য়োং। কৌবা লীহৈপামপা - চীংগী হৈরি পাম্বা। তললা চেনকাবা পামেল চেনকুমবানা - উদা চেল্লগা কাবা চেল্লগা কুম্বা। খাঙসুঙ খাঙঙাময়ে লালসুঙ লালঙাময়ে - অমুক লেপ অমুক লাম্থোক্লম্মে। রায়রা সারা হুয়েল লাললা - শা লানরা। কদৌনগো - করি কান্নগদবনো। তাঙজ ইকাইয়ে হুয়াই সেনখোয়য়ে - ইকাইয়ে।*

## কারি কতেয়ান

হেম্বা মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লীবুদি কারিও তেনবুদি কতেও কৌএ। লীরী তেন্দোং মখুৎশুবু য়াল্লমএ। অদুনোংগীবু কারি কতেয়ানও তৌনা কৌএ। ***(পোইরৈতোন খুন্থোক)***

## কারোংথেন

চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংবুরোই লাংওল্লকপদা লৈমা লৈনাউতাবীনা অরা হকনাচোকলবগী। হেম্বা মদাইমদা নোংনা কানা ইল্লময়ে। অদুনোংগীবু কারোংথেনও কৌয়ে। ***(পোইরৈতোন খুন্থোক)***

*চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীং অমদগী চীং অমদা খুন্দাফম অফবা মফম থিরকপদা লৈমা লৈনাউতাবীদি রামনবদগী নারে। চীংগী লমদম অমদা ময়া কানা লোংনা ইল্লম্মী অদুগীদমক কারোংথেন কৌই। ইল্লময়ে - অতোপ্পা লাইরিক অমদা হিপলম্মী হায়না ই।*

## কাসুং

হেম্পা মদাইমদি নয়ুরা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংবুরোই লাংওল্লকপদা মায়িম লোইবী মারেমনা য়েনশাংবু অনও কৌয়ে। য়েনশাং অনবু শুংনা চারময়ে অনসুং কৌববু পোইরৈ তাফাথিবনা কাসুং ও কৌয়ে। ***(পোইরৈতোন খুম্লোক)***

## কাংখক

কাংখক খুলেনলৈও কৌবদি কদৌনোংগীনো। ময়ুম সেলবী রাহায়না কবো তেংথানা হংঙোইবুদি কাংখকও কৌয়ে। হংঙোই কাংখকনা সেনবী মদাইমা কবো মখলমদা ইঙা কুমচেল লাও ইঙেল কুমখাই তমনা হংঙোই য়োমতমপৈ কাংখক মনিন নাইনা খোংখৈরময়ে। অদুনোংগীবু কাংখক খুললেনলৈও কৌয়ে। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

## কাংঙাপুং

নিংথৌ কাঙবা লৈমা তারিৎনু অনীনা পাল্লম্বা মফমদি কাংঙামুংদনে। নিংথৌ কাঙবনা পাল্লমএ হায়বগী কাংঙাপুংও তৌনা কৌএ। হাকথক অসিদা চাকতি চাতুমনে। পানবা মফমদি রাকোংথি চাকশৌপুং কৌএ। লৈপাক মীয়াম পুম্না হুপ্না চারবগী কাংচাপীও তৌনা কৌএ। ***( নিংথৌ কাঙবরোন )***

## কাংচিন লমদাইপাল

নোংয়াই খুমল্লৈমা শাংলৈমা পাইমা লিনগোইনুংগী নয়ু নোংয়াই খুমননিংথৌ কাংচিন লৈনাউতাবা কৌয়ে। করিনোংগী কৌবনো হায়রবদি। নয়ুরা চীংখোঙ পোইরৈতোন মপারি কাংদোন লৈনৌবা মিংবু মৈনরাইনা মিংথোংফবা। নোংয়াই তাম্হোংলম্মাইহনবীবু কোলোই শিনপান্না লাংহৈ শিন্দিন্ননা নোংয়াই লৈকংলাদা লুকোই পানফোইঙৈ। লুকোই শল্লাই হেন্না চিন্নালৈবু নোংয়াইনা তেংথানা য়াংনুবু কাংচিন কৌই। কাংচিন লমতা লৈবু তুংথাংনা লাল্লোই লমওনবা নাওদু খোংলেন ইন্না অয়াং লমচেনঙৈ। য়াংনু কাংচিন লৈনাউবু মালেম লৈদা তারময়ে। অদুনোংগীবু নিংথৌ কাংচিন লৈনাউতাবা কৌয়ে। নোংয়াই লম্লেন মদাইমসুং কাংচিন লমদাইপালও থোন্নেয়ে। ***( খুমন কংলৈরোল)***

*খুমনলৈমা শংলৈমনা পোকপা খুমননিংথৌ মমিংদি কাংচিনলৈনাউতাবা কৌই। করিগী কৌবনো হায়রবদি নবুথৌ চীংখোঙ পোইরৈতোনগী মচানিপা কাংদোন লৈনৌবগী মমিং মিংথাং লৌদুনা থোনবনি। খুমন লৈবাক্কী নহা নুপী পুম্নমক মাগী মাগী মথৌশুদুনা খুমন লৈবাক্কী কংলাদা পাল্লিঙৈদা খুমন্না কোয়েংতা হেন্না ফজনবা থেংপা য়াংনু কৌববু মখোয়না কাংচিন হায়না তেংথানৈ। কাংচিন কৌবা লমতা লৈবু তুংদা থেংলগা লাল্লোই লম্বু ওন্দুনা লমশীংথীবা, নাউদুখোং মরিনইন্না লম লৌশিনবদা য়াংনু কাংচিন লৈনাউবু (লৈনা অমবু) লৈমায়থক্তা তারম্মী। মরম অদুদগী নিংথৌ কাংচিন লৈনাউতাবা কৌয়ে। লমদম অদুবুসু কাংচিন লমদাইপাল হায়না থোনখি।*

## কাংসোইবী

(১) কেগে লৈমরৌ কাংসোইবী লৌরেলবা কৌবদি কদৌনোংগীনো । সৌবোল য়াইরেল চনু সানৌ মচীন মনাওনা খানলৈ য়ুপুঙথকতা লেমলৈ সারোঙখোইবী অকংববু থোংনা তরা চয়োম থোকলময়ে হায়বগীবু কেগে লৈমারৌ কাংসোইবী লৌপাললেনও কৌয়ে। *(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

(২) লমলেন মদাইমদি কাংসোইবী লৈময়োনও কৌবদি কদৌনোংগীনো । লাহন্নোং নিংথৌ পুথিবা মমোমলোন সৌবোল য়াইবেন চনু সনা খোংনাংলৈমা শানৌ মচিন মনাওনা লেমলৈ সারংখোইবীবু থোংনা তরা চয়োম থোল্লময়ে হায়বগী কাংসোইবী লৈময়োনও কৌয়ে। *(মোইরাং লম্মীংলোন)*

*কাংসোইবী লৌরেলবা কৌখিবদি করিদগীনো । থায়না নিংথৌ পুথিবা মমোমলোন সৌবোল য়াইরেন চনু সনাখোংনাংলৈমা শানৌ মচিন মনাওনা লৌগী লৌপুংথক্তা লেমলৈ শারংখোইবী অকংবা থোংনা তরা চয়োম থোকলময়ে হায়বগী কাংসোইবী কৌই ।*

## কিনলেং নামৈ

খোইমোম লাইযিংথৌ চীঙখোং পুথিবা কাওরেল মসলনা মুকমু সলয়াম পৈববু । মানবী সলয়াম কিনা কাওরেল কোনচনলমএ হায়বগী কিনলেংনামৈও তৌনা কৌএ । *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*কাওরেল - শল । মসননা - মাগী শলনা । মুকমু -শল । সলয়াম পৈববু - শল ময়াম পৈববু । মানবী - শল। সলয়াম কিনা - শল ময়াম পুন্দুনা । কোনচল্লমএ - ফাজিল্লম্মী , তাইশিল্লম্মী ।*

## কুংনা শি

কেগে মোইরাংনিংথৌ শাংতোন লৈনাউতাবনা ব্রাকয়ৈ মৈরোঙবা তোংচেংলুমাতোম্বা হিবু শমু খোঙওইননা। খুমন মংখুলৌঙাকপী তাইকোন লৌশঙবীবু ফাগে হায়না হুয়েন লান্দারকপবু । নোংয়ায় খুমননিংথৌ খোংলৈমাচা ইকোপলাম্থবনা মদাইরেম নোংয়ায় পুমনা হুপনা হুয়েন লান্দাল্লকপদি কেগে লান চাইথোকলে । থৌবাল লাইজ ঈরম ইন্না হুয়েন লান্দাখিববু । ময়িম কেগে মোইরাংদি তুরেল লৈরাই মুংবীথক্তা নোংয়ায় ফৌগাকচাউবু ফৈনা শমনা ব্রাকয়ৈ মখুনেৎপু তোংচেং নাউরমদা হীরী নারেং লোন্না ব্রাকয়ৈ হি চিংথঙম্বদা তানফংলুরে । অদোন থায়াঙ কোন্দাইবোনবশিংনা কেগে লানয়ামফানা মোইরাং লানয়াম তুরে । কেগে মরোং চৈচেনবশিংদি থব্রায় মিরেন পায়না তৌরেন খাংপোকনুংদা শাম্পুপ্পশিংবু পোনবী শাতাবা উরেন পেংচোইবা ফাগুম ফারে । লোক্তাক লাইজ ঈদা কুমনা চেল্লবদি লেমলৈ অউপ্পা ব্রানজেং অহাবা ফাবগুম ফানরে । ঙাশিং খমতৌপীচা য়ৈগুম য়ৈনরে । ময়িম কেগে মোইরাংদি য়াম্না কুংনা শিরে । হয়েং নোংয়ায় চাদোন্ন কাউদনবা অদোন শুদোন্না নিন্দনববু নোংয়ায় পুঙলেন মাগা হুয়েন লানপুঙ অমগা থোল্লময়ে । অদুনোংগীবু লমলেন কুংনাশি পুঙমাথোনও কৌএ । *( খুমন কংলৈরোল)*

## কুমপা হিথাংফম

হিথেল চংলৈ মতাইমাতি । কেকে মোইরাং সাংতোনখুপানা ব্রাকয়ৈ হিব্রাই চৎপাতা । মাতাইরেম ব্রাকয়ৈ হিনাউপা কুমপা নাউসংচানা ব্রাকয়ৈ নিঙনাতে তোংচেংমৈনাওননা । লয়রায় মুংপীথকতা থাংলমএ । কুমপা

হিথাংফমও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*লৈঙোই হাজিনবা হিদেন অতোঙবা অমদা মোইরাং সাংতোনখুবনা হিন্নাইবা চৎপদা মদাইরেম হিনাউ পানবা কুমপা নাউসংচানা হি তুংদা হল্লগা হিনাউ মমৈনা লৈরায় কংফালথক্তা থল্লম্মী। অদুদগী কুমপা হিথাংফম থোনখি ।*

## কুম্বা উশাতা লাংজন লীরৌলোক

শেল্লোয় মদাইমদি লমলেন কুম্বা উশাতা লাংজল লীরৌলোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো । ময়ুম শেল্লোয়না মীকৌনা লংমাইনা তেংথানা এম্পাকপুদি উশা-ও ইল্লুমবুদি তুকুপও নোংবুদি কুম্বও তৌনা কৌএ । শেল্লোয় লংমাইনা থেব ঙানৈবদা মাল্লং মথিনাই খমগোন মরাঙহৌববু লমওক্লরে। লংমাই কুম্বা চেপনা হৈরে উশা মরুতুপ্পু থেব ঙানৈপাত্তা হুমথরে । অদুনোংগীবু লংমাই কুম্বা উশাতা -ও তৌনা কৌএ । কুম্বা নিংথৌ শোয়ফম্বনা শোয়শেনবদা লাংজনলীনা লৌএ । অদু নোংগীবু লাংজন লীরৌলোক - ও তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোল)*

*নোংমাইজিংগী লমদম অমবু কুম্বা উশাতা লাংজল লীরৌলোক কৌবদি করি নুমিত্তগীনো । নোংমাইজিংদা লৈবা মীশিংনা হায়নবা ঙাংনবদা য়েম্পাকপু উশা ইল্লুমবুদি তুকুপ নোংবুদি কুম্ব কৌই । নোংমাইজিংগী মীনা ঙানৈদুনা ঙা ফাবদা নুংশিং কন্না শিংলকপবু থেংনরে নোংসু তারক্লনা চোংলে । মখোয়গী তুপ্পবা য়েম্পাকসু নুংশিংনা ঙা ফাফম পাত্তা হুমথখরে । নুমিৎ অদুদগী লংমাই কুম্বা উশাতা কৌখি । কুম্বা নিংথৌ শোয়চাবনা শোয় শেন্ন শেন্ননা লাংজন কৌবা উগী মকুনা থৌরী তায় হায়বগী লাংজন লীরৌরোক কৌখি ।*

## কুমফি শঙফম

কুমফিনা খুনথিরকপদা শৌসৌবী পাৎ লৈরমএ । অদুগী কুমফি শঙফম কৌয়ে। *( থাঙ্গ লম্মীৎলোন)*

*কুমফিনা - কুপ্পীনা। খুনথিরকপদা - খুন্দাফম থিরকপদা।*

## কুয়োং

ময়িম লোইপী খুচুংনা লাইচা য়িসিংপুতি তুইও কৌএ । লাইচা তুইয়িসিংপু য়োংলপাকী তুইয়োং ও তৌনা কৌএ। পোইরৈ তাফাথিপনা কুয়োং - ও থোননৈ এ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## কুরাউথোক

থাঙব্রায় মদাইমদি নুংবাল চাহুই লৈরোংপাম্বনা মল্লোই লোইথৌবদা। মল্লোই মনিল নাইবনা হাওমল মরৈলৌনা ব্রাতাথিখিয়ে। লোইবী ইথোঙচীনবু মল্লোই ইরম্বু নংনা মল্লোই লোইথৌগে লাকপদি। চৌরৈ ফিপাল থৌবদি ইয়োং লাইচী কক্তরিয়ে পামেল উকু খোকচাখি ও। কাইরৈ য়েলপাল থৌবদি কাইরৈ য়েল চাকোক্তরিয়ে ব্রাপা পোলতাই লাকচাখিও। য়াংলৈ তাওবা হুয়পাল থৌবদি তাওবা হুয় চাকোক্তরিয়ে সাপী কঙগা থাংনা পুখি ও। তারা চাপুক লামলাবদি পানবী সুংদাই মাবু ফুৎচাখি ও। ব্রাংলৈ য়ুথৌ লামলাবদি কৌবা লোকঈ থকচাখিও হায়না লোইবী কুরাউ হংলোন ৫ চল্লে। অয়ুক লৌকুম্বদা তেলদমনগে নুংদাং লৌকাবদা তাতমনগে হায়ববু

মারুম্বী খুৱাং লাংমৈরেম্বা চানুনা নাতারে। মাদাইরেম খোইয়া মিৎনম মাইনমবগা মাশল মালবী ঙারা নুঙচোংবগা। মালবী মাঙদা হোইনা মথংলেনগী মারা মাখোঙখুনবু ইন্দাল্লকয়ে। মথংলেন নুংপাল চাহুইলৈরোংপাম্বদি ইনুং সোয়য়ায়মদা কুরাউ হংগা থাংনা চেনলকলে । মারুমবী খুৱাং লাংমৈরেমবগা লমওক্লরে। লোইবী কুরাউ হংলোন মঙামাবু থৌদু নুঙনা খাগাথা পামেল উদি থক্কা থংনা য়েথোকলময়ে। অদুনোংগীবু লোইবী কুরাউ হংথোকলমও তৌনা কৌয়ে। মথংলেনগা মরুম্বীগা অনীমনা খোয়মা নারোম্লুংদা তারা চায়োম থোকলময়ে হায়বগী চাকথোকও থোন্নায়ে । কাওরেল মশলচাবু মালবী কোলবু খানা থনময়ে অদুনোংগীবু লুৱাং শলকোনও তৌনা কৌয়ে । ***(থাঙৱায়রোন)***

*অৱাংগী লম অমদি নুংবান চাহুই লৈরোংপাম্বনা মল্লোই খুন্দা লোইথৌবা চংপদা মলোই নুংঙাইনা পানবনা শিং চাদনা শাবগুম মরৌলৈনা খোম্থিঙাংনা শাউখি । মল্লোই চীংগী ইরমদা নংনা লোই থৌগে লাকপবু, ফি পিয়ু হায়রবসু ইয়োংলাইচী কক্তরি উগী উকু খোকচখো। য়েন লৌগে হায়রবসু য়েন মচা কোক্তরি, লমহাংদা লৈবা ৱাবা কৌবা উচেকপু পোলদা হাপুনা পুজখো। হুয় পিয়ু হায়রবসু হুয় মচা পোক্তরি শবি কণ্ড থাংলগা পুখো । চাক লাল্লবদি পান মরু মুল্লোইদবা ফুৎলগা চাখো। যু য়াম্না থক্লিংলবদি লোক্কী ইশিং থকচখো হায়না চাহুই লৈরোংপাম্ববু কুরাউ হংলোন মঙা চল্লে। অয়ুক লৌকুম্বদা তেন তমফম ওইনগে নুমিদাং লৌকারকপদনা তা তমনগে হায়ববু মতু খুৱাংলাংমৈরেম্বা চনুনা তারে । মনাই খোইয়া মিৎনম মাইনম্বগা মাগী শল ঙারা নুঙচোংবাবু মাঙদা হোইদুনা মৱাগী লৈফমদা লাকই । নুংবান চাহুই লৈরোংপাম্বদি অহিং নোংয়াইদা কুরাউ হংগা থাংনা চেনলক্লুনা খুৱাংলাংমৈরেম্বা চনুগা থেংনরে । কুরাউ হং মঙামকপু নুঙনা মখা থারগা উতুপনা য়েথোক্লম্মী । নুমিৎ অদুদগী চীং অদুবু কুরাউ হংথোকলম কৌখি ।*

## কুরুমচীং

(১) তাইবংপানবা মপু কুরুনা মচা অহুমমাক্কী মতিক য়েংকে হায়দুনা। সনাচীং মতোন্দগী শল য়োংমানবীগী মউনবু তোংদনা । খোইনিংখোই মতু চিন্দনা । লাংয়েন তরেৎমা থোকহন্দনা কুরুংলাউনা তাউথরকয়ে। অদুগী কুরুমচীং সুং কৌয়ে । লাংয়েন তরেৎমনা থোকলকপগী তকুপ তকুপ তরং তরংয়ে হায়বগী তকুপ নোংথাংচীং কৌয়ে। ***(নুঙলোন)***

(২) কুরু সিদবনা মচা অনীমগী থৌজাল য়েংগে হায়দুনা শল য়োংমানবীগী মউন অকংববু তোংদুনা কু রুম লাউনা সাললকপা মফমনে । অদুগী কুরুমচীং কৌয়ে। ***(লৈহৌ নোংহৌ)***

(৩) গুরুশিদবনা মচা অনীমগী থৌগন য়েংগে হায়না । শল য়োংমানবীগী মশক মউন অকংববু তোংদুনা ক্রুম লাউনা শাল্লকপা মফমনে । অদুগী কুরুমচীং কৌয়ে। ***( উকাক লাথা)***

*গুরুশিদবনা মচা সনামহি পাখংবা অনীগী থৌগন য়েংগে হায়দুনা শল য়োংমানবীগী মশক লৌদুনা ক্রুম লাউবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা তাউথরকপা মফম অদুবু কুরুমচীং কৌই ।*

*লৈহৌ নোংহৌ পুয়াদা - গুরুশিদবনা মপারি অহুমগী মতিক ময়াই য়েংগে হায়দুনা । শল য়োংমানবীগী মশক লৌদুনা কুরুমচীংদগী তাউথরকই । মচানিপা অহল অতিয়াগী লাইখোং কৌবা তুরেলদা তাউথরক্লুনা পল্লবু অতিয়ানা ৱাখল লৈতবদগী ইম্বুরক্লে । মচানিপা য়াইমবা সনামহিগী মতিক থৌরম য়াগদ্রা য়েংগে হায়দুনা সনামহিগী খাখোংতুরেলদা শল য়োংমানবী শানা তাউথরকলে । সনামহিনসু তুক্কচৈ হায়দুনা তোরৈ তুশাং*

*ইন্না ইছুখরে । মপারি অতোনবা পাখংবদা য়েংগে নিঙলদুনা পাখংবগী মরোংখোংদা তাউথরক্লে । গুরুনা শল য়োংমানবী শানা লৈনা লৈনা তাউথরকপদু উবদা পাখংবনা খনখি । য়েংশিন য়েংশিল্লগা অশিবা শল অসি মৈরিগুম্না মণ্ডালসু থোক্লকই। ঙসিগী নুমিত্তা তাউথরক্লিবা অসিবু করি পোংশক্লো মশকতি ফত্তে মতিংদি লৈ। গুরুনা শাইওল্লকপরা খন্দুনা ঈশিংদা চোংথদুনা পাখংবনা চিংখৎখি । গুরুসু থুপ্পা য়াদরদুনা মচা অতোনবনা মপা গুরুবু খঙবদুদা পেল্লদুনা তাইবংগী চৎনগদবা শিল্লম কয়া তাকপিরম্মী।*

## কুব্রাপী লাইমলখোং

হাওরৈ খানা পাংবরম লমলেল কুব্রাপী লাইমলখোংও কৌবদি । নোংয়াই খোয়বা তেলহৈবনা লমলৈ য়িমচঙলউঙে হলবা লামবাচা হল্লনুকোংতিংনুসুঙ ফারকয়ে । তেকপী খুয়ৌপু চৈরৈ হাওরংফাইসুঙ লেংদোনয়ান্না মরান ওন্দেরকপদা ব্রারে হায়না সোল্লময়ে। লমলেন কুব্রাপী ও কৌববু পোইরৈতাফাথিবনা কুব্রাপী লাইমলখোং ও থোন্নয়ে। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*লমলেন - লমদম । নোংয়াই - খুমন । য়িমচঙলউঙে - য়ুমদা চঙলউঙে । তেকপী খুয়ৌপু - ওক পুরকপা, খোঙনা ওক পুরকপা । চৈরৈ হাওবংফাইসুঙ - ফি লংফাইসুঙ । লেংদোনয়ান্না - লেংবান্দা য়ান্দুনা । মরান ওন্দেরকপদা - ময়ুমদা হল্লকপদা । শোল্লময়ে - ঙাংলম্মী ।*

## কুসু তম্পাক

লমলেন মদাইমা লোইবী লৌকুসু কুসু মতমপাকও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লোইবী খারম খোঙয়াঙচানা লৌখোৎ মাঙইন্না পাইরি তুংথাংনবগী খাল্লে মরৌরেনদা। থাংই ফৌকংচাই লোইমোম ফাফেলনা য়ামচেং লৈকুপশীরববু। ময়ুম লোইবী খারমনা খুনুবুদি কুসু-ও কৌয়ে। পোনবী চেকওম্থোক খুনু লৈহৌগীনা সয়োম পাক্লা তাইনা চাকতারময়ে। অদু নোংগীবু পোনবী কুসুতা কৌববু পোইরৈ তাফাথিবনা কুসু তম্পাক-ও তৌনা কৌয়ে। ***( নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*চীংগী মফম অমবু কুসু তম্পাক কৌখিবদি করি মরমগীনো । খারম খোঙয়াঙ হায়না খঙনবা চীংমী মচাশিংনা মাঙদা য়োংপাক্লা লৌ য়ানলগা তুংদা য়াল্লিবা পাইদগী ফৌ লৌথোক্লুনা , মশাগী লৌবুক্তা ফৌদী অকংবা চাইদুনা পুমহুল মথক্তা লৈবাক্লা কুপশিল্লি । খারম খুনগী মরোন্দা খুনুবু কুসু হায়না কৌই । উচেকশিংদগী তোঙাল্লবা খুনু ময়াম পাইরক্লুনা পুমহুন হুল্লিবা লৌবুক্তা পাক্লা (চাইনা) শন্না চাক্তাই হায়বদগী কুসুতা কৌববু মৈতৈগী শৈথাবশিংনা কুসু তম্পাক কৌখি ।*

## কেকে

গুরুনা অশীবা, অতিয়া, পাখংবা অহুম অসিবু য়েংদনা কে কে খোংনা চোংথোকলকলে। অদুগী কেকে কৌয়ে । ***(পাখংবা য়াংবী)***

## কেকে মাঙলৌতাক

মপল পনথৌ চীংঙুনোংথৌ সরারেননা । অব্রাংপাখং য়োয়রেনপানা । মপারি খংয়োইলেনবা নোংচুপ তোনপল নিংথৌপু। চীংঙু মতিক য়েংগে হায়বগী চেংলৌ সকউহনতনা মাঙখিয়ে হায়পকীপু কেকে মাঙলৌতাক ও তৌনা কৌএ। ***(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

## কেকে ঙাংঙোই

লৈমরেনগী থোঙবু কে লাওনা হাংতোক্লে কেকে কৌয়ে। অঙাং অমা থোক্লকয়ে ঙাংঙোই কৌয়ে।
*(পাখংবা তোরৈ)*

## কেকে থেক্লপুঙ মোইরাং খাইচাপাল

তৌমু পানফোইয়া অমাই সিঙয়েনয়খাকেকে লাইতোনচম লৈমা খাংনৌবীগা মোইরাংনিংথৌ ইথাই কাইরেমবগা। মদাইরেম অঙমবা মারেম লৈপাক কোইবা পুন্নমগা লেনতাক পুঙথোলএ । পুঙতু খোং তৌএ। হুয়েল লালনিগীদি উথিৎথিয়াম চেককা উমু লাইতাঙবা উরেন পেংচোইবা খারা নাকতাংবগা অচঙবা চাম্মা অশিবা চাম্মা হোঙনেম পুঙনে। কেকে লাইতোনচমলৈমা খাঙনৌবীনা । ইদাইরেম ব্রায়রা শাফাবা হুয়েল লালফাবদি তরা লুকতোমনাও । ব্রায়রা শাফাদ হুয়েল লালফাদবদি য়াংলৈ তাউবা ইহুইচা সোঙপু ইনুংচংগা তরা চুম্মন্নৌও হায়না পাউমেনখোনগী । মদাইরেম ব্রায়রা শাফাদবা হুয়েল লালফাদবা পুন্নমানা য়াংলৈ তাউবা মহুইচা সোঙপু মনুংচঙগদি করম চুমমন্নসিবনো হায়না পাউয়াদরবগী। কেগে সুপ্পচিংবা গাওমুরাবা অথৌবা পানপা কৈকাপপনা। হয়েং কেকে চাদোন্না মোইরাং সুদোন্না হায়নরগনে তরা চাকসুং খায় শারেন শাসুঙ থেকচানকে । থুমনাও মখুতোন য়েন্নাউ মসাতোনসুঙ থেকচানগে হায়না তবা চাকসুঙখায় । শারেন শাসুঙ থেকচানানা য়াংলৈ তাউবা মহুইচাগা খায়চানারে হায়বগী কেগে থেকনাপুঙ মোইরাং খাইচাপানও তৌনা কৌএ । ***(মোইরাং লৈকোই পুঙ)***

*পুঙতু খোংতৌএ - পুঙ থোল্লি, খোং তৌই । হোঙনেমপুঙনে - কুশ্মৈ তৌফমনে । ব্রায়বা শাফাবা হুয়েল লালফাবদি - শাফা লালফারকপদি । তরা লুকতোমনাও - চাক তোঙান্না চাও । তরা চুম্মন্নৌও- চাক পুন্না চামিন্নৌ । তরা চাকসুংখায় - চাক খায়গৎনবা । পাউয়াদরবগী - হায়বা য়াদরবগী। থুমনাও মখুতোন - য়েন মখোঙ ।*

## কেপতাক

কেপতাকও কৌপাতি কাতৌনোংকীনো। মায়িম লোইপী মারেমনা মোইরিকপুতি কেপও মাঙলাপাপু তাক। মোইরিক মানুং চঙপু লাইচা য়িতানা মাঙলে। অতুনোংকিপু কেপতাক ও কৌয়ে।
***(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*কেপতাক কৌবদি কবিদগীনো । মারেম কৌবা চীংমী খুন্না মোইরিকপু কেপ হায়না কৌই । মাঙলববু তাক কৌনৈ । মোইরিক ফজববু ঈশিংদা তাখিদুনা মাঙলে। মরম অদুদগী কেপতাক কৌখি ।*

## কেরেচীং

লমলেন হৈরেম কেরেচিঙও কৌপাতি কতৌনোংকীনো । মায়িম হৈরেম তেংথানা খুনচাল ব্রাহায়নানা । অঙাং নাউব্রা অতুপু খোংপাল নাউব্রা তোঙকাইরোইপুতি খেরেও কৌয়ে। লমলেন হৈরেম খেরেচিঙও কৌপাপু পোইরৈতাফাথিপানা। লমলেন হৈরেম কেরেচিঙও থোলনায়ে। ***(মৈতৈ নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*কেরেচীং - ককচিংনা হান্না খুন্দারম্বা মফম শেংমাই তুরেলগী মপান্দা লৈবা চীংদুম মচা অমনি । মহারাজ*

*ভৈগ্যাচন্দ্রনা পানবা মতমদা অৱানা লাম্দারক্রনা ককচিংদা শোক্রবগী মতাং নিংথৌরেল লম্বুবদা অসুম্না ইরি - "মরোই ককচিঙচাপু তাপাতা ওৱা তেংকোল লেপলরবগী লাইরেল নোংসা মরাঙহৌ তুপী থিঙকু মথীনাইনা। হাওরৈ নোংপোক খানা পাংপারম লমলেন নাউরেংপায় লেংপায় লমনুংশি কনসোই লৌতাইচিঙ । হৈরেম কেরেচিঙ খুলচাল লাললুম থেলতা খৌসাখিয়ে।" চৈথারোল কুম্বাবদা লানফম অসিগী মতাং - "শক ১৬৮৬... ফাইরেন ২৮ নি ইরাইদা মহারাজনা অৱা নাবা চৎলে। ককচিংদা তেঙ্গোল সাইএ। চরুনা পল শাদুনা অৱাগা য়াম্না কন্না সোকনৈএ । ঙমদদুনা হললকএ । লৈপাক তাকএ । নিংথেমদি ময়াংলম চেন্দুনা তেখাও লৈপাক য়ৌখিয়ে। লৈপাক অয়াম্বা মোইরাংদা লৈকুইয়ে।"*

## কৈকন তোংসংলান

কম্বোং সাংখু সাংহন্নাওনা পাথৌও ৱায়রা শায়াইরা হুয়েন লাইয়াইপু নরিগবরা খঙদে হায়না । খুমু মনৌলোঙনা হোংনা হোংনা লাইজ ঈবু লান্না তান্নখিএ । অদুনোংগীবু লানপী সনসেন ঈ-ও থোন্নৈএ। কৈকন মনুংচঙবু সাংনা তান্নখিএ। অদুনোংগীবু কৈকন তোংসংলান-ও তৌনা কৌএ। ***(লুৱাংলোন খোংকুন)***

*থাঙ্গ কম্বোংগী সাংখু সাংহন্নাও কৌবনা হায়রম্মী। ইতাও করম্বা শা লালবু ওইরিবনো খঙদে হায়দুনা। মাগী নৌনা হোংনা হোংনা ঈশিং লান্না তান্নখি। মরম অদুগীবু লানপী শলশেল ঈ থোনখি। শাথিরবা কৈ ওইরমদুনা শাংনা তান্নখি। নুমিৎ অদুদগী মফম অদুবু কৈকন তোংসংলান কৌখি।*

## কৈকাপান

লয়রায় মুংপিমাতি কৈকাপানও কৌপাতি । থিংপাই নোংমাংপানা মমোম খয়োইরোল লাইতোংখু সাফপীপু। সায়পা ফিয়াননা তিংখং খোঙচঙলপাকী। পানপা মথানা কৈরেন তুংইননরকএ। নোংয়াই নিংঙোল থংপাচানা লীরী থমোয়তিং লকা তেনমৈ লাকনা কাপথুরে। মোংপা খুনলম য়িননা তাউথরকপাপু থৌপাল খাংখুচা অচানপানা ৱা তাথিখিএ। চীংখোঙ পোইরৈতোননা খুনথোকলকঙৈ। হাওনু সোনমোই তাউপী মরালী। খোংপালচিথেক লাতালেং। ককলু লুহোংলা নমঙৌতাপা য়োমলকখোই। খোইয়া খোঙতাঙপা হয়িং পেংলোইনাইপুতি খোইও কৌএ । খোইনা পানপা মনমতানা মকে হাথানা খোইয়া লোঙচুমনানা য়াওচাঙমএ । পানপা নাখোঙচোং খোয়মা নাতোনথকতা থৌপা। লোকলৌ নাপোম তোয়তৌপা কৈরেন ওমপীচানা। লয়রায় মুংপীথকতা কারে কৈকাপানও থোননৈ এ। ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*লৈরাই অতোঙবা অমবু কৈকাপান কৌবদি থিংপাই নোংমাংবানা মচানুপী খুমন নিঙোন লাইতোংখু শাফবীবু হকতিন্নরুবগী কৈজাও মথন্নতা তুংইন্নরকই। খুমনগী নিঙোন থংপাচাগী তেন্না কৈ অদু কাপথুরে। তুরেলগী ঈচেল মতুংইন্না কৈ অশিবনা তাউথরকপবু থৌবালদা লৈবা খাংখুচা অচানবা কৌবনা য়াম্না শাওখি। চীংখোঙ পোইরৈতোন্না খুম্বোক্লকপা মতমদা হাওনু সোইমোই তাউবীনা খোংবাল চিথেকতা পরেং লেংনা থারম্না, ককলু লুহোংলা মনম ঙৌদবদা য়োমলকপা খোই মখোঙ তাঙবা খোই হয়িং পেংলোইনাইবুদি খোই হায়না কৌই । পথ্ম পুমথরবা কৈগী মথক্তা মখোঙ মরোংয়াম্বা খোই হায়নসু খঙনবা হয়িংনা তোংদুনা চারম্মী। নাপী মোংশোঙ মনুংদা চোংফন্দুনা থৌনাফবা, অসুকপা চীংগী লোক্রুংদা লৈবদা নুংঙাইজবা মতিক লৈবা কৈ অদুগুম্বা মপাঙ্গল লৈবা কৈ অদু শিরদুনা লৈরাই মথক্তা চিংখত্তুনা কারে কৈকাপান থোনখি।*

## কৈতা ইরেন

মোংপা তোরয়মাতি। অসাইঙৈকী থিংপাই নোংমাংপানা মমোম খয়োইরোল লাইতোংখু সাফপীপু লাইচা য়িরাললকপাতা। অহেন মিৎচুপীপু ওইনা মিৎয়েং সানখৈরাপাকী । য়িমোম নঙপু নোংয়াই সেনলৈঙাইপাতা কাওচানারোই। অতোন পাইরে ঙাইপাতা মলহোননারোইএ। চোয়নৌ খল ওননাসে সনা চাংচিংনাসে হায়না পাউমেনপাপু। য়িপল ঐতি নমোমতানে নাকলু ফিয়ানপিপা য়িমু য়িতমপীপানে। য়িপল পনথৌ নিংথৌও। চীংঙু নোংথৌ সারারেল অব্রাং পাখং য়োইরেনপানা। কোরৌ থারকলঙৈনে ব্রাংপল খাথানানা তেনব্রাইরকঙৈনে। ইদু মুৎলৌ ঙাংলৌ মানা নিনপিরোইএ। ইরম চীংখম চাউপোক মানা নিনপিরোইএ হায়না । পোইরে খোঙপু থীননা ব্রাকনপাপু ব্রাকনতাখিএ। সায়পা ফিয়াননা তিংখং খোঙচঙনারে। মদু মুৎলৌ ঙাংলৌগা মরম চীংখম চাউপোক মানা নিনপিতে। পানপা মাঙথানা কৈরেন তুংয়িননরকএ। নোংয়াই মপল ঙাইনা খামকাপারা খামপিতে। খুমন মদুঙাইনা কোনপিকাপারা কোনপিতে। মপল নোংয়াই থংপাচা নিংঙেল তেলহৈপানা। লীরী থমোয় তিং লকা তেনমৈ লাকনা। পানপা থনুংথিৎ কৈরেন নুংতা লেংনা চয়পীরে। পানপা কৈয়েকলা কৈরেন উমপীচাতি লাইচা য়িতা তায়ে। পানপা কৈতা য়িরেন-ও থোননৈএ। ***( তোরৈরোল লম্বুবা)***

*তুরেল তুথেক অমদি । ঙসাইঙৈগী থিংপাই নোংমাংবনা মচানুপী খুমনচনু লাইতোংখু শাফবীনা তুরেল ঈরাম্লকপগী ফজবা হকচাং কায়াৎ উরুবগী অপাম মিহৌ পোক্লম্মী। ইবেম্মা নংবু খুমন কনাদা থাজবরোই সনাগুম মমল য়াম্লবা হকচাংগী খল-চাং ওনমিন্নসি হায়ববু। ইপা ইবুঙো নংনা পোকপা নচানুপীনি কাউরবরা ঙাঙহৈদবা হায়হৈদবা রা হায়বগীদমক লাইনিংথৌ শোরারেন্না নোংথক্তগী তেন কাপথরক্লুনা ব্রায়েন বিচার তৌরক্লগনি। মুৎলৌ ঙাংলৌ চীংখম চাউপোক্তা লৈবা ইপা ইপল ইবুং ইপ্পা অপুম্বনা ঐবু মীথানররোই। মচানুপীনা কপনা চোংনা হায়জববু য়াদনা নিপা নুপী ওইবগী হকতিন্নরে। মুৎলৌ ঙাংলৌ চীংখম চাউপোক্লা খঙনদরিঙৈদা কৈনা তুংইন্নরক্লে। খুমন লমগী মপা মপল মবুং মপ্পাশিংনা খামজিন কোনশিনবীবসু তৌদে। খুমন থংবচা নিংঙেল তেলহৈবনা লীরী চিংথোকতুনা তেন কাপ্লবু কৈগী মবুক মনুং ফাওনা থুমনা লেংলে। মশক নাইরবা কৈজাউ তেনগী চৈনাখোলনা ঈশিংদা তারে অদুগীবু কৈ তাবা ঈরেন থোনখি ।*

## কৈতোং

(১) লমলেন মদাইমা কৈতোং লমমহনও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাহালনোং ঙালবা খুমু কৈওইবা মপারি তাংক্রু তাংহন অনিমনা। খাংলি য়ৌথাংলাং নুঙবী সানল পুপাকলাং ব্রাচেৎ খাইচালাং লীরোল তংখাইলাংবু লাংদমববু। মপল ঙালবা খুমু কৈওইবনা কৌরৌ নোংচালেলবু পানবা কৈবু সানা য়াওচারে । মপারি তাংক্রু তাংহন অনিনা খোয়মা নারোন্নুং অসোঙবা খাংলি য়ৌথাংলাংবু থাকনফমদা ইনুং কৌবা চীংনুং নোংগা সোয়না ঙাইখমলবদা। মপল ঙালবা খুমু কৈওইবদি। পালবা কৈবু সানা লীরেন তংখাইলাং লফুৎ ফমচিংলাংদা থুঙামবা উরেল পেংচোইববু চাগে হায়না চঙলকপবু। মপারি তাংক্রু তাংহন অনিমনা চেংলৌ সকউরবগীদমক। পস্থৌ পানবা কৈসাবা নংবু করি কৈবু সাবনো হায়জিললবগীদমক। মপল ঙালবা খুমু কৈসাবদি পানবা কৈবু ওইনা চেনখিরে। মপারি অনিমনা তাললককপরা হায়না। পামেল উদা কানা হলনা হলনা য়েংলময়ে হায়বগীবু কৈতোং লমমহনও তৌনা কৌয়ে। ***(মোইরাং লৈকোই পুং)***

*লমদম অমবু কৈতোং লমমহল কৌবদি  করিদগীনো। থায়না ঙালবা খুমুকৈওইবা মপারি তাংক্রু তাংহন*

*অনীনা লাং থাকদা, মপা ঙালবা খুমু কৈওইবনা নোংমগী নুমিৎ অমদি কৈ শাদুনা লাংদা থুবা শা উচেক চারে। নোংমদি মচানিপা তাংক্রু তাংহন অনীনা লাংথাকফম অশোংবা নাপীরক্তা নোংঙাল্লিফাওবা ঙাইদুনা লৈরে। মপা ঙালবা খুমু কৈওইবনা লাংদথুরিবা উরেনবী পেংচোইববু চাগে চঙলকপবু মচানিপা তাংক্রু তাংহন অনীনা উরে। ইপা ইবুঙো কৈশাবা, নংবু করিগীদমক কৈ শারিবনো হায়রক্লে। ব্রা অদু তাবদা মপা ঙালবা কৈশাবদি কৈ ওন্দুনা চেনখরে। মচা অনীনা তাম্লক্কবরা হায়না উথক্তা কাদুনা হন্না হন্না য়েংলম্মী হায়বগী কৈতোং লম্মহল কৌখি। তাংক্রু তাংহন অনীবু তাংখু তাংহন হায়ন ইরম্ননসু য়াওই।*

(২) লমলেন মতাইমা চীংমৈপা কানারম লাইমৈপানা তন্নারম পানপা নারন পাঙ্গনবনা তোয়তৌনানা লাননাচীং। থেরেলোংপা চনু মপারি কাচেং তাংখু তাংহনপানা। লিরীথমোইতিং লকা তেনমৈলাকনাফমপু তাংচা লমফমব্রাইব্রো কৌপাতি কতৌনোংকিনো। থেরেলোংপা চনু মপারি কাচেং তাংখুতাংহনপানা পাউমেল্লকএ। পলেম য়িমাব্রো নপারি য়িখোয়কী পনথৌ য়িপা পোকমাপাতি কতায়নো হায়না পাউহংপাপু। য়িপারিসাব্রো নপল পনথৌতি পানপা নারল পানকনপাকী কৈরেন পিপুকনুংতা সানথুপলিএ হায়না পাউতাকলাপাতা। কাচেং তাংখু তাংহনপা সানৌ মচিন মনাউনা চীংমৈ অচনপাকী খোয়মা নরোননুংতা তাংচাকুম লমফমখিএ লিলানা তৌকুমপাপু নাথেৎখিএ। পানপা নারন পানকনপানা চীংমৈ অচনপা লাললকপাপু মিৎয়েং সানখৈরাপাকী। কাচেং তাংখু তাংহনপাকী লিরীথমোইতিং লকাতেনমৈলাকপাপু । মপন পনথৌনা পানপা পিপুকনুংকী পাউমেললকএ। য়িপারিসিংব্রো নপল ঐপু ব্রায়রা তেনপাললাকানি কৈরেন খুমাঙ লেংকা তমনা চয়পীব্রো হায়না পাউমেললাপাকী। কাচেং তাংখু তাংহনপানা পানপা অথৌপাপু কৈরেন খুমাঙ লেংকা তমনা চয়পিরে। পানপা লুতুরা কৈরেন খাঙলেললাপাতা কাচেংতাংখু তাংহনপানা পাউমেললকএ। য়িপলব্রো পানপা য়ারম থোকসে হায়পাসুং কৈরেন মরুখাকনে হায়রাঙৈনে। পানপা নিঙলম থোকসে হায়পসুং কৈরেন ফায়থোকমননে হায়রাঙৈনে হায়না পানপা সাপুক ফাৎথোকলাপাপু। পনথৌ নিংথৌ ঙানপা খুমু কৈব্রোইপাতি কৈরেন পিপুকনুংকী অচেন লোকলৈহৌনা চেনখিরাপাকা। পামেল উ নমমুক লমমুক উতোনথকতা তোংলমএ লমলেন মতাইমাসুং কৈতোংব্রো সুং তৌনা কৌএ। অতুনোংকীপু কাচেং তাংখু তাংহনপা তাংচা লমফমব্রাই কৈরেন খুমাঙ লেংকা তমনারম ঙানপা খুমু কৈব্রোইপাতি পানপা পিপুকনুংগী য়োইয়োইলমব্রো তৌনা কৌএ।

***(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*চীংমৈ হুইথরকপা অনেম্না লম মী লাইগীসু লানথোক লানশিন তৌদুনা পোখাফম ওইবা, শা কৈনসু লানফম ওইবা চীং। অসিগুম্না চীংমৈ অসিদা থেরেলোংবা চনুগী মচানিপা তাংখু তাংহন অনীনা লীরিতেন্দোং চিংদুনা ফমফম্বু তাংজলমফমব্রাই কৌবদি করিদগীনো । থেরেলোংবা চনুগী মচানিপা তাংখু তাংহনবনা হায়রকই। ইমা ঐখোয়বু পোকপা ইপাদি কদায়দা লৈবনো? ইচাশা নখোয়বু পোকপা নপাদি পাঙ্গন কনবা কৈগী মবুকমনুংদা লোত্তুনা লৈরি তাক্লবদা, কাচেং তাংহনব অনীনা চীংগী হুইথরকপা লোকনুং অশোঙবদা লোত্তুন লৈখি। চীংমৈ হুইথরকপদা কৈ লাকপা উবদগী তেন কাপ্লবা থৌরাং তৌরক্লবদা মখোয়বু পোকপা মপানা কৈগী মবুক মনুংদগী লাউরকই - ইচাশা নখোয়গী তেন্না নপা ঐবু পাম্লগনি। ঐঙোন্দা শোক্তনবা কৈগী খুমাঙতম্না কাপ্লগা শিহল্লো। কাচেং তাংখু তাংহন্না কৈরেন অথৌবগী খুমাঙ তমনা কাপথুদুনা কৈ শিরে। মচিন মনাওনা হায়রকই, ইপা ইবুঙো কৈগী মচীনলোমদা থোকসি হায়ববসু কৈনা চাখিবগী অরেম্না মরুখাল্লিহায়নরগনি। নিঙলম তুংদা থোক্লবসু কৈগী ফায়দোক্লকপা কৈ থিনে ঙাংনরগনি খন্দুনা কৈগী মবুক খায়দোকলুবদা মপা নিংথৌ ঙানবদি কৈগী মবুক মনুংদগী চেনখিদুনা লম্মুক উতোন্দা তোংলম্মী। মরম অদুদগী মফম অদুবু কৈতোং কৌখি।*

## কৈথেল মানবী

(১) খোইমোম লাইয়িংথৌ তুরেল মোংপা তুতৌপা মরিমাকা চীংখোঙ পোইরৈতোনকা চীংঙু মাখোয় মঙামা চুমতুম চুমনা পৈরমএ। চীংখোঙ পোইরৈতোনকা ঙাংঙোই য়োইমোংপাকানা। লমলেন মতাইমা অসিতি ইপোইরৈ থাংঙা কৈথেল লেনপু করম মানপু মানপানো সোললমএ। লমলেন কৈথেল মানপীও থোললমএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*লাইনিংথৌ তুরেল তৌবা মরিগা চীংখোঙ পোইরৈতোনগা মখোয় মঙা লৈমিন্নরম্মী। চীংখোঙ পোইরৈতোন ঙাংঙোই য়োইমোংবা অনীনা হায়নরম্মী - লমদম অসি মৈতৈ ঐখোয়গী কৈথেলবু করম্না মানবু মান্নবনো। মরম অসিদগী লমদম অদুবু কৈথেলমানবী থোনখি।*

(২) শাচুন নিংথৌ শাচংলাংমৈরেম্বনা পাওমেনখিয়ে। চীংখোঙ পোইরৈতোন ও হাওরৈ লাইনা পাংবলম অৱাং কৌবা লোকলুখুম। য়েনপঙ ফাইপঙপোকপা পুংফাইতোনয়াম (তোললোঙ) পানবা চীংবু ইন্দানখিও হায়না তাকপিঙামএ। অদুগীবু চীংখোঙ পোইরৈতোন্দি থিংলৌ নীংনাতেনা হাওরৈ লাইনা পাংবরম পোইরৈ শিদবা ৱাংঙম নাদববু খুনথিরকপদা। লমলেন মদাইমা অসিদি ইপোইরৈ থাঙঙা কৈথেললেনবু করম মানবনো হায়না শোল্লমএ। কৈথেল মানবী ও কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্ফোক)*

*মৈতৈ তম্পাক্তা কৈথেলমানবী কৌবা তোঙান তোঙানবা লম খরা লৈ। হাওরৈ লাইনা পাংবলম - অৱাং পাংবা লম। অৱাং কৌবা লোকলুখুম - কৌব্রু চীং।*

## কৈনৌ

(১) মহারাজ গরিবনিৱাজনা অৱা তখেন অনীগী লালফমদা ৱাজবক্লবা মনাই চেকশাদ। মচানুপী তম্ফাগা লোইননা ময়াং ফুঙ্গা চাম্ম মৈতৈ ফুঙ্গা চাম্ম পিবী। পিখিবা মী অসিনা হিদোনকোন মপান্দা খুন্দাহল্লে। খুন অদুগী মিংবু কৈমাও কৌএ। ময়াং কৈনৌ কৌয়ে। *(মিয়াৎ লারৈ লাথুপ)*

" শক ১৫৭০ ... মৈদিংঙু খাগেম্বা কোংবা কৈনৌ লিংএ" *(চৈথারোল কুম্বাবা)*

## কৈবুল

(১) কৈপুল লমমাহন-ও তৌনা কৌবদি কদৌনোংগীনো। নয়ু কেগে মোইরাংনিংথৌ লাইচিঙখু চিঙখু তেলহৈবনা য়াওরৌ সাপাললোকপদা। পানবা কৈরেল অচঙববু পরৈলালকাসানা পুলনা পুরকয়ে হায়বগীবু কৈপুল লমমাহন ও তৌনা কৌয়ে। *(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

*কৈবুল লম অহন হায়না কৌবদি করিদগীনো। নবুথৌ মোইরাংনিংথৌ লাইচিঙখু চিঙখু তেলহৈবনা শা তাল্লুবদা, কৈ অচঙববু পুন্দুনা পুরকই হায়বগী কৈবুল লম্মহন কৌই।*

(২) লমলেন মদাইমদি কৈবুল কৌবদি কদৌনোংগীনো। ঙালবা কৈশাবা মপারি তাংখু তাংহল অনিমনা লাংথাকয়ে। মপল ঙালবা কৈশাবনা লাংদা থুবা শাবু চারময়ে। পঙ্খৌ নংদি করিগী চাবা হায়রবদা মপা কৈশাবনা হন্না হন্না য়াওজিল্লে হায়বগী কৈবুল-ও তৌনা কৌখিয়ে। *(মোইরাং লম্মীংলোন)*

## কৈরাউ

শেল্লোয় মদাইমদি কৈরাউ চীংলাইবকও কৌবদি কদৌনোংগীনো। শেল্লোয় অতাংঙাবীগা লংমাই অতাংঙাবগা হাওনু ঙাইতে লৌশঙথকতা। পরিং লেপলৌতিং উকাক মায়থোং য়ান্না থাঙয়ি লীহৈঙাকপা লোইমোম লীহৈশঙবদা। মদু শেল্লোয় অতাংঙাবানা ইমোম লংমাই অতাংঙাবীও নঙবু শেল্লোয় ইশেনঙাই লংমাই ইপাইঙাইবদা কাওজানফরোইএ। ইমোম হৈকৌনকুনুসে হায়না অসুমনা চীনগোই পাউরললকএ। মমোম শেল্লোয় অতাংঙাবীনা ইদুনিংথৌ লংমাই অতাংঙাবা-ও ঐদি নমোমতাআনে। ইদু সনা ৱাকাউবীরোই ইপাম শেল্লোয় সনা ৱানিনপিরোইএ। চীংঙু নোংথৌ সোরারেন অৱাং পাখং য়োয়রেনবা মিৎয়েং তাংচুম্বা নাকোঙ নাচুমপাপু সোংকিএ। কৌরৌ থারুকনা ৱাংবন খাথানানা তেনৱাইরকঙৈনে হায়না শমু খোঙবু থীন্না ৱাকনববু ৱাকনঙমদরে। মমোম শেল্লোয় অতাংঙাবীগা শাইবা ফিয়ান্না তিংখং খোঙজঙনরে। মদু লংমাই সনা কাইপীতে। পানবা মাঙদা থানা কৈরেন তুংইন্নরক্লে। মমোম শেল্লোয় অতাংঙাবীনা শমু খুৎনাউতোনগী কোল্লোয় মখুৎতোপ্লু চকমোম খাম্বী মৈদা ইকনা ফেনচিনখিববু পানবা মরাইবক্তা পাল্লুরে। পানবা খোংদুমখোং কৈরেন লাউদুম লাউনা চেনখিরে। অদুনোংগীবু কৈরাউ চীংলাইপকও তৌনা কৌএ। অদুসুং মদোমদে।

কৈবাউ থোনমরক্তি ময়িম শেনবী কবোনা হেমজেংচকপনা মানুংমানসু সেৎ উকাক কোকথোংতুপনা। মৈদিংঙু শেনবী কিয়াম্বদা চোয়নৌ সনা খাউজাউ হান্না ৱাংকোন পুকৈরেনবু লোইহাগে লাকপদা। য়োযময়াই তাউদনবনা নুমিৎ থোঙলেনখম অঙানবনা খোকমৈ নেমলবগী। শেনবী মুদুমমু কবো ৱাউদুম ৱাউনা ফাযেং নোংফাইরময়ে। চীংনুং য়ারেকলমএ। কৌবা চীংনুং নোংগা শোয় সোরাতৈনা ওল্লক্লবদা। কাইরৈ কনকাও নুংয়েংচেং চকলৈ কাও কৈথোঙয়েন কামপা কাও নোংতময়েন। লৈরোন নোংলোন খঙ ইনুং সোয়পা য়ুংপা য়াউনা কাইপক খোঙকাথীন কাইপন মরাঙহৌ নাকলু মোইফাংয়ৈ সাকন তুফাংফুনা মচেঙ মশেন খোনতান্না কায়রৈ মশেন খোনলঙননা তারাও তারাও খোংলকএ। ময়ুম শেনবী কবোনা য়েনবুদি কৈও কৌএ। য়েন কৈনা করম তাবাও তারাও খোংলকপনো অদুনেংগীবু কৈরাউও তৌনা কৌএ। ***(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)***

## কৈরালচীং

তমপা ৱাংঙমলোন য়োয়পু মৈরা পোনচেনপীকা। খোইমোম মশাপি নোংপোক মালং হুমওইপাকাতি। অসাইঙৈকি থৌপাল ইরুফমতা তমপা শানতেংফমতা ৱাইথুংলরে হায়তাপারা। অতুনোংকিপু থৌপাল কৈমায়মান লমলেন কৈরালচিঙও তৌনা কৌয়ে। ***(পাঙ্খোইপী খোংকুল)***

*তমপা - তম্ফা। নিংথৌগী মচানুপী মৈরা পোনচেনবী পাঙ্খোইবীগা মবুংঙো নোংপোক নিংথৌ নুংশিংতা ময়ুম ওইবা অনীদি হান্না পাঙ্খোইবীনা ইরুজরম্বা মফম থৌবাল তুরেলদা থুংলরে। নুমিৎ অদুদগী মফম অদুগী কৈ মমায় মানবা চীং অদুবু কৈরাল চীং কৌখি।*

## কৈরুপুং

মোংবা মতাইমাদি। মৈতেংঙু লোইনাই থৱানথাবা নোংচুপ মরোংঙমবা কাতাংসু ফৌওইমাঙববু কায়না হুনবনা পানবা কৈফাঙৈ। মতাইরেম থাঙসা তেংমায়থিনবগা য়োইরেন কৈরাৎপগা পানবা কৈ লুকংবু থিন্নপুংনে। কোরৌ নুমিৎ মঙানি সুরবগা পানবা কৈয়া ফুকএ। অতুনোংকিপু পানবা কৈরুপুংও তৌনা কৌএ।

***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

## কৈরেনফাবী, কৈবুন

মৈতৈ নিংথৌ খুমোম্ববু (খৃ: ১২৬৩ - ১২৭৮) খেন্দে নিংথৌনা চাক কৌয়ে। অদুদা লৈবাক্কী অঙম্ববু খুমোম্বনা হায়য়ে। লহাল হাওতক লাইবনা লাকপদা মতু পুরকয়ে। হৌজিক ঐখোয়না চৎপদদি মহারানীবু পুসি হায়বরা পুগনুসি হায়বরা হংবদা লৈবাক্কা খুময়ে। লৈবাক্কী মবেম্মদি পুহৈদে হায়রবদা। নোংঙাল্লবদা লৈবাক মীয়াম লোয়ননা হিয়াংহিবু লোয়ননা কুমখিবদা হাওতক লাইবগী ময়ুমদা থুংলে। হাওতক লাইবনা মহারানীবু পুরক্কবা উবদা মবুক শাওয়ে। মখুন হাওয়াম্বু কৌদুনা ঐগী ইতুদি মাগী য়াথং কায়দনা পুইয়ে। মাদি মতুসু পুরকতে। হাওয়াম হৌদুনা হাৎসে হায়ববু। ঐখোয়মকনা হাৎপদি ফত্তরে। মখোয়না পুরকপা হি অসিসু মাঙহল্লো। নখোয় খরনা মোইরাংনিংথৌদা হায়রুও। হয়েং নোংঙাল্লগা মৈতৈ নিংথৌ লাক্কনি নখোয় হাৎলো হায়রুও। অসি হায়রবদা হাও খরনা হি থুগাইরে। খরনা মোইরাংদা লাল নেক্লে। মোইরাংদি মরাংহৌরে অহিং নোংশোইবা লাংফম য়ৈনা ঙাইবে। নোংঙাল্লবদা ইতাও নিংথৌসু হল্লো হায়ননা হল্লক্লে। হল্লকপদা মখোয়না পুরকপা হিবু লৈতরে অশুম হায়রবদা। হিদি ঐখোয়সু লৈতে মোইরাংলম চৎলো হায়না থাখরে। নিংথৌগা মীয়ামগা লোয়ননা লাকপদা মোইরাংগা উনরে। নিংথৌগা মীয়ামগা মোইরাংনা হাৎলে। নিংথৌবু মোইরাংনা পুদুনা নিংথৌবুদি কৈ কৌই অদুগী কৈরেনফাবী কৌএ। মখোঙ মখুৎ পুল্লে হায়বগী কৈপুন কৌএ। অদুদগী পুদুনা খুনুসেম চীংলক্তা থমলে চীং অদুবু কৈপুন কৌএ। *( মিয়াং লাইরে লাথুপ)*

## কৈরেনবা খুন

চীংঙু নোংথৌ সোরারেন্না কোরৌ খাক্তুম খাক ব্রাংবন লাওদুম লাওনা নোংলোন মখোঙ ফুইনা চুথহল্লবগী লাইজ ঈনা ঙল্লকলে । কোংয়াং ব্রাতোন অব্রাংবা চীংলেন পল্লংলা অব্রাংবসুং থুন্নবদা । লাইরেল মচিন মনাওদি তোংনা য়ান্নফমবু লৈতরে । অব্রাং লাইনা পাংবরমদা মিৎয়েং শানখৈখিববু । অব্রাংমোংবী চীংদাইরেম্বু থুমদবনিকিনা লেমলৈ ঙানা তৌবগুম মোংখৎখিয়ে। অব্রাংমোংবী চীংদাইরেম্বু য়ৌরবগা কৌবা অঙাংঙাগা মমোম লাইরোকলেম্নীগা লমওক্লরে। কৌবা অঙাংঙানা লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবগা মশানৌ তাওথিংমাংগা অনিমবু খুজেংহংজি পায়না চিংখৎঙাময়ে। লাইরেল মচিন মনাওনা ব্রাহমলকয়ে। কৌবা অঙাংঙাও শানৌ ইপিংঙাদি লাইজ ঈনা ঙাল্লবনিকিনা মোংবী চীংদাইরেম্বু ইন্দাল্লকপনে হায়থবদা। কৌবা অঙাংঙানা কোরৌ চিন্দুম চিল্লকপা ব্রাংবন লাওদুম লাওরকপা অসিবু ঐ থৌখামগে হায়না কৈগুম থৌনা হায়ঙাময়ে। অদুনোংগী কৈরেনবা খুন ও তৌনা কৌয়ে। *(ভূতেংলোন)*

## কৈশি

কমপোংলাংলেন কোংয়াঙ ব্রায়ানবা শমু মখোঙতোলবু থাংলেন মখুৎশুনা ঙমবল্লে। মায়িম থাঙঙা কমপোংনা ঈবুদি হ-ও কৌয়ে। ঈ-হ না মালেমলৈদা ঙাঙদুম ঙাঙনা তারময়ে হাঙাঙও কৌয়ে। খোইমা নারোননুংদা পানবা কৈসুঙ শিঙাময়ে কৈশি ও থোন্নয়ে । *( লম্মীংলোন )*

## কৈসনা য়েল্লুফৌ

কৈসনা য়েল্লুফৌও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লংমাই অমু কাংওইবা লোয়য়ম লীকলাইরোকপনা। সেলোই

মচীংলেন্দা লোইদাম থাবুশি লাংহৈকুমবুওন্না খোমলেন মঙহিপ্পবু। চকপা লুমলাং মাইবীনা খোমলেন মঙফাওরকয়ে। অমু চীংয়াই য়োইরেনপাম্বও কাইরৈ নয়েনচা অমোম পুমনা মুবীনা অঙৌবা পুরৈরোম্বদা সারেনপুমনা কৎনা সোয়নিও হায়থবদা। কাইরৈ য়েনমোম পুমনা মুবীনা সোয়নিববু মপারি মেললৈ লৈসনাবু সাৎলকয়ে। অমু কাংওইব মসানৌ অরুয়াঙ কৈসাবনা ইসাবী অমু চীংয়াই য়োইরেনবদি মপারি সাৎতববু সাৎলকলে। কোরৌ করম লনসাফবা ব্রাংবল করম পাওফাবনো চেংলৌমিৎথিৎকে মিৎয়েং শানখৈগে হায়না পানব কৈবু সারকয়ে। অদুনোংগীবু লংমাই অরুয়াঙ সাফবদি কদৌনগো অরুয়াঙ কৈসাবও তৌনা মিংহোংখিয়ে। লংমাই অরুয়াঙ কৈসাবদি মসাবি অমু কাংওইবনা অঙৌবা পুরৈরোম্বদা সারেন পুমনা কৎনা সোয়নিববু য়াওজরে। হৌজিক থুমনাও মখুতোন য়েন্নাও মাসাতোন তাঙজ লুরেনতোন অসিবু। য়ারৌ সানা কাল্লগনে খোইমোম লাইনা সোকনরগনে হায়না পামেল উকারক্তা য়ান্না সোয়নিখিয়ে। অমু কাংওইব মাসানৌ অরু অয়াঙ কৈসাবা মপারি সাৎতবা মমোম ফুইদবনা। কোন্না মপারি লংমাই তোকআ সাফববু সাৎলক্লে। অদুনোংগীবু অমু কাংওইবা সোয়নিচীং কৈসনা য়েল্লুফৌও তৌনা কৌয়ে। ***( নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*লোইদাম থাবুশি লাংহৈ কুমবু ওন্না-চহি অমা ফানা। খোমলেন মঙহিপ্পবু - মঙ মঙনবা তুম্ববু। খোমলেন মঙফাওরকয়ে - মঙদা খঙহল্লকই। সোয়নিও - লাই খুরুম ও। হায়থবদা - হায়রবদা । সাৎলকয়ে - পোল্লকই। কোরৌ করম লনসাফবা - মতৌ করম লাইনীংবা। ব্রাংবন করম পাওফাবনো - লাইদা করম্না হায়জবনো।*

## কোইচীং

কম্বোং চেংখু চেংয়াম্বী মপারি তরামঙামকনা চামলৌ লাচেন্নগে লাংবদা। খুঞ্জান লাইরু চেঙশিলহৈবা চনু লিনগোইগী নোংয়ায় লীকমন লাম্বুবনা কম্বোং নপারম লংমাই নপুরম্বু নত্তে। নোংয়াই ইপারমদা করিগী চামলৌ লাচেন্নরগবনো হায়না কোয়না কোয়না তান্নরে কোইচীংও থোন্নেয়ে। মশম মনা ব্রায়না ফারে ব্রায়থৌও কৌয়ে। মশা লাকনা চিংখৎলে শাজিংও থোন্নেয়ে। অমা লোংনা কমলে লারোংকোন-ও কৌয়ে। পুৎথা পুৎথা তান্নরে খমপুৎও থোন্নেয়ে। চেংলৈতোন শাথিবা খমলৈতোন লৌথীববু খম্না ফারে চীংখম লমলেনবাও কৌয়ে। কমবোং মহি নাদা শীংদা ঙাংনা কারে ঙাংলৌও থোন্নেয়ে। ***( চায়নরোল)***

*কম্বোং চেংখু চেংয়াম্বা মপারি চেংলৈতোন লৌথিবা খমলৈতোন শাফববু নোংয়ায় লীকমন লাম্বুবনা কোয়না কোয়না তান্নরে হায়বগী লমলেন কোইজিং কোইমহৌ কৌখি।*

## কোইরেনগৈ

মৈতেংঙু ক্যাম্বগী মচা কোইরেনবনা চহি ২০ দা ফম্বাল কাই। মহাকথক্তা হিয়াংগৈ থাদা হিয়াং তান্নবা হৌই। কোইরেনগৈ খুল শেল্লমই। ***(মণিপুর ইতিবৃত)***

## কোইরেল

খুনচাল নিংথৌ মশানৌ অতোনপনা য়ারৌ শানাপতা, হৈরাঙ মচাখাক, তাওচীং মতংখাকপু হৈয়িৎ মখোয় ফোয় তাওচীং মখোয় লেল্লে। অতুনোংকিপু কোইরেল ও থোন্নয়ে। ***(টমংলাই খুন্দা)***

## কোইরেং অকোংলোক

খোংজোমনুপী খোয়নৌ মাতা তারুকমানা মালচা মাব্রা ওই হাওকু পাখংপা তারুকমাপু লাক্কাপারা হায়নাতি কৌপা মাতাইমাতা কোংনা কোংনা য়েংলময়ে। অতুনোংকিপু লোইপী কোইরেং অকোংলোকও তৌনা কৌয়ে।

*(খোংজোমনুপী নোংকারোল)*

## কোইরেং লৈরুমলেন

চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী মপাচা হেম্পা ময়েল্লুবু উগনে হায়না লৈনালানা চৎলমএ। অদুনোংগীবু কোইরেং লৈরুমলেনও তৌনা কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

## কোকচাই

লমলেন মীকোকচাই কোকচাই লমমহনও কৌবদি কদৌনোংগীনো। থাংঙা সোকসোম্বীগা কমপোং ঙাওঙাওবগা। খুমলনিংথৌ পুনসিবা মখুৎথা তাউচীঙ নানৌবা হৈরাং চীনথোইববু তাউচীংঙ হৈচেন্নঙৈদা। মমোম হৈবু খঙনদা মদু হৈবু থানদবগী । মৈফুবা সাফুবা লাইমকোলদা চাক্তাবা সানা থাংঙা সোকসোম্বীগী মথিক মথা ফোইনা চারে ফোইচিং-ও কৌয়ে। তাংচা মরুতোলবু পানপা য়াথংচন্না তাংচা লুরেনতোনবু চাইখাইবায়ে। অদুনোংগীবু নমু মীকোকচাই কোকচাই লমমহনও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মীগী কোকনা চাইবা লমবু কোকচাই কৌখিবদি করি মরমদগীনো। থাংঙা কাঙলুপকী সোকসোম্বী কৌবীগা কম্পোং কাঙলুপকী ঙাওঙাওবা কৌবগনা খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা থারম্না মনানৌবা হৈ অথুম্ববু হেক্তুনা চামিন্নঙৈদা মচন ওইবী মবুং ওইবশিংবু থৌশাদবা অমসুং পিজনীংবা ব্রাখন লৈতবা উবদগী, মমৈনা ফুদুনা খুদম তৌবা শা ফুবা লাইমকোন কৌবা লমদা চাক্তাবা কৈনা, থাংঙা সোকসোম্বীগী মথীক মথাফোইদুনা চারে ফোইচিং-ও কৌয়ে। মকোক্কী শরুক মখৈসু কৈ অদুনা ময়ানা চিকখাই চিকখাইদুনা চাইখাইরে। নুমিৎ অদুদগী মফম অদুবু মী মকোকনা চাইবা লম কোকচাই হায়না কৌনখি।*

## কোকপাক

কোকপাকও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাইরেন তাউরোইনাই তুবী য়াংবী য়েকতৈবগা তাংজা লুরেনতোনবু পাকতুম পাকনা ফিফৌঙামএ। অদুনোংগীবু কোকপাকও তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং থিরেন)*

## কোকপা য়াকোনতেক

হিথেল নমসাংমাতি। কোকপা য়াকোনতেকও কৌপাতি। নোংয়াই খুমন নিংথৌ কোকপাপু নোংমল হললাপাতা। নোংয়াইনা মীকৌনা সঙকাইপু য়াকোনও কৌএ। সঙকাই য়াকোনসুং তেকলে। কোকপা য়াকোনতেকও কৌএ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## কোকেপান

ব্রায়রং কোকেপানও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লংমাই অতাঙঙাবী লাংবল চরুকোক সেকচুম ঈনা শান্দেংববু তাংজ লুব্রাইরেনবু শেংলে। সেলোয় মীকৌনা লংমাই তেংথাননা তাংজ লুব্রাইরেনবুদি কোকেও কৌয়ে।

শেংলববুদি পানলবাও কৌয়ে। অদুনোংগীবু ৱায়রং কোকেপানও থোন্নয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*ৱায়রং - নোংপোক। চরুকোক সেকচুম ঈনা - চরু মৈথাবগী উংলৌরগা সেক কৌবা লুক মখন অমদা হাপ্লগা ঈশিং হৈদুনা মচুম লৌবা, উতি চুম্বা। শান্দেংববু - ইরুজববু, চামথোকপবু। তাংজ লুৱাইরেনবু শেংলে - কোক্কী অমোংপা চামথোক্লে, শেংতোক্লে।*

## কোকেপাং

শেল্লোয় মদাইমা লংমাই মখলমাদি ৱাইরং কোকেপাংও কৌবদি কদৌনোংগীনো। শেল্লোয় অতাংঙাবিগা লংমাই অতাংঙাবগা ইমোম হৈহৌনকুনুসে ইদু হৈকৌনকুনুসে হায়না শেল্লোয় ময়ুমনাকপু হুল্লাললমঙেদা। লাংবন চরুখোক খোকচুম উতি শেকচুম ঈনা শান্দেংববু তাংজা লুৱাইরেনবু শেংলে। ময়ুম শেল্লোয়না মীকৌনা লংমাইনা তেংথানবদি তাংজা লুৱাইরেনবুদি কোকে ও কৌএ। শেংলববুদি পানলাবও কৌএ। অদুনোংগীবু লমলেন ৱাইরং কোকেও কৌএ। শেংলববুদি পানলাবাও কৌএ। অদুনোংগীবু লমলেন ৱাইরং কোকেপাংও থোন্নৈএ। *(নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোল)*

## কোঙকোই ইনমথি

(১) কোঙকোই ইনমথিও কৌবদি কদৌনোংগীনো। ইচিক সিৱা কোংনোংথিলবগী কাওরেল মশলচা মালবী কোঙকোইববু চেকনম ফানম্বনা হুচাথে। লাইজ ইরোননুং শোয়রেন ফুম্বীখাদ তুমলববু মালবী কোঙকোইবদি শারেল মনম চাওরক্লে। কোঙকোই ইনমথিও থোন্নয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

(২) ইচিক সিৱা কোংনিংথৌবা কাওরেল মশলচা কোঙকোইববু চিকনাম ফানমবনা মানবী শনখৌথংনা লুতুৱায়নে। লাইজ ইরোননুংদা কাওরেল কোঙকোইববু কোরৌ নোংতামতা থবী নোংলেপতনা। থাংজিমিতমলেন সারেন লৈতোইয়াংনা তোংবোন ৱাইরৌথাং থাঙলেন খুত্তাশুনা লুফুই নামথুম্বা শানা কাইচাখিয়ে। লাইজ ইরোননুংদা থাংজি খিকথোংবা সারেন য়াইনমবনা শারেন মনম চাউরকলে। অদুনোংগীবু কোঙকোই ইনমথিও তৌনা কৌএ। ইচিক সিৱা কোংনিংথৌবনা লাইজ ইরোন্নুং সোয়রেন ফুম্বীখাদগী মানবী কোঙকোইবগী কাওরেল শনলুকংবু পুখংলকএ। অদুনোংগীবু হোংঙাই শল্লুকংও তৌনা কৌএ। *( লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

## কোঙতুং কৈথেল

কোঙতুং কৈথেল লেলও কৌপাতি কাতৌনোংকীনো। সেলপী মীকৌনা কৈথেলপু কাংও কৌয়ে। খাকী মানিক ললওনপানা নমু মীয়াম তিলপাপু কোঙও কৌয়ে। অতুনোংকীপু কোঙতুং কৈথেল লেলও কৌয়ে। *( মৈতৈ নিংথৌরোল লম্বুবা )*

## কোঙয়াঙপোক নোংসাখাল

কোঙয়াঙপোক নোংসাখালও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কৌবা অঙাংঙানা মপারি মঙামবু ঙাইরোয়ননা কেগে খুনকুমলকপদা। য়োয়ময়াই তাওদলবা কোরৌ মনোংসাবু খাঙঙমদবগী কোঙয়াঙ উরোংয়ুংনা খল্লময়ে। অদুনোংগীবু কোঙয়াঙপোক নোংসাখালও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## কোঙয়াং ব্রাপৈথেল

মোংবা মদাইমাদি। মৈতেংঙু লোইনাই থৱানথাবনা লাংলেন কোঙয়াং মসীং থিনরমএ। কোঙয়াং ব্রাপৈথেলও কৌরমএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## কোনখু ইহনলেন

মোংপা তোরয়মাতি। নয়ুৱা চীংখোঙ পোইরৈতোননা চীংপুরোই লাংওললকপাতা। মোংপা তোরম অসিতি করমনাপু খুপনো কোনখু য়িহনলেনও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## কোনতে পাৎ

হৈরেম খুনজান কোনতে কৌবদি শোইরেন খমখাংলৌ খরাই চাংদোনখন শীংঙুৎনাচুং য়ৈনা শোইশেল্লে। লমলেন কোনতেশোই কোনতেপাৎ ও কৌয়ে। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## কোম্থা

থাঙব্রায় মদাইমদি কোম্থা শলপললালও কৌবদি। লাহলনোং হয়িঙৈদা নোংপাল্লোন কৌপা মারোংঙস্বীনা। খোয়নৌ মাতা আরাম য়ারাচানু নাহৈরাংবীচানুগা। কোম্থা ঈরাংবা ফমলেন ঈচঙবদা। চোয়নৌ সনা খুতোপপু লাংগোই শায়াঙথক্তা লান্নববু মালেম লৈতাখিরে। অদুনোংগীবু কোনথা ও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

*গরিবনিৱাজ মহারাজনা রামশালা (অপোং ইংখোন) দা লৈরিঙৈদা মজা ইবুঙো চীৎসাই নিংথৌনা তাম্থোক্লা রামনগর (কোম্থা) দা মতম খরা লৈরম্মী। মফম অসিদা মহারানী কৌবা লৌকোন অমা লৈ, ফৌগৈ অমসু থম্মী। গরিবনিৱাজগী মতমদা কোম্থা হায়বা লম অসিবু রামনগর নত্রগা শ্রীবোন কোনুং হায়নসু খঙনৈ।*

## কোম্থা সনফম

নোংবাললোন নোংচুপ মরোংঙস্বীগা মমোম ব্রাঙমলোন কৌবা মরোংঙস্বীগা। খোয়নৌ মতা আলাম য়াংবচনু নাহুই নারাংবীগা কোম্থা ঈরাংমবা ফল্লেন ঈচঙবদা কোল্লোয় মখুৎতোপপু মালেম লৈদা তারমএ। লাংগোই শায়াই  তোপ্পু সিন্নরমএ। অদুনোংগীবু কোম্থা সনফম ও কৌএ। *(লুরাংলোন খোংকুল)*

## কোন্ন অচনবা

তোরয় নমসাংমাতি। মৈতেংঙু লোইনাই থৱানথাপা অতোন নাউসুম হকচাউচাপু কায়না হুনপানা। নাৱা কোনথৌথোং ঙাইখম হিওনঙৈতা মোংপা তোরয়মা অসিতি। করম কোনপু কোনপানো সোললমএ। কোন্ন অচনপাও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## কোনপা হিথাংলম

য়িব্রাং পুরিকলাই সাংতোনখুপানা ব্রাকয়ৈ খোঙব্রোইনানা। মতাইরেম অথৌলিচা হেপপা পুমনামানা। তেনতোংনমতা পোহননা লীরুং খোঙতানেৎ তনমু নাকনফু হিয়াঙকাংতংয়ৈ ব্রাকয়ৈ মথিনাই তোংচেং

মরাঙহৌনা। থৌতু নুংতেকচীংতা কেকে মথিনাই মোইরাং মরাঙহৌনা পনথেংথাপাতি। নুংতেক য়াকা চায়রে লোইপী মপুং তাকলে। হুয়েন লান নিকিতি লোইপী নুংতেক মনিংথৌ হেমপা খাংচেনথকতা ব্রাঙনপা মারেম চাংলৈপু লানথৌয়াঙপু কায়না হুললে। কেকে মরাইলাং ঙাংঙোই মচি হেননা মরান ব্রোনতেরকপাতা। কেকে লয়কোয়ফমপা য়িব্রাংপোংলেনহনপানা ব্রাহমলকএ। তয়মসিংব্রো লোইপী য়িমখৈথেং নুংতেক য়াকা চায়রুপা অসিপু অব্রা নখোয়পু হকনাচোক য়েনপী হুইয়াই লোমলিঙৈনে। ব্রাকয়ৈ লমতনখিসে তোংচেং পোৎথাখিসে হায়না। মতাইরেম তোংচেং নাউমৈকী খুমু নৌচাউসুপা পোনপী মসুং ব্রোইপা মিৎয়েং নানিলোঙপা কোনপা নাউসংচানা ব্রাকয়ৈ লুনা  হননা হিথাংখিএ। অতুনোংকিপু মোংপা মতাইমাসু কোনপা হিথাংলমও তৌনা কৌএ। ***(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

## কোনপীচা খুন

লয়রায় মুংপীমাতি। মপল কোরৌহুইমুলৈমা লিনকোয়কি থারৈ কোমপীচাকা মমোম সাকা লৈমাকা। লাংলেন মৌপী উঙাম ঙামচাউ তোংনা খুনকুমলকপাতা। লোইতাম থাপু শি লাংহৈ কুমপু ওননা মরান য়িমকা সানা ফায়েং নোংফাইরমএ। কোনপীচা খুনও কৌএ। ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

## কোনয়া

কোনয়াও কৌববু কদৌনোংগীনো। লহালনোং হয়িঙৈদা লৈনুং লোনজা অরিবা লিনব্রাইয়িমরুদা থৌনাবা লাইয়িংথৌনা। কোংলৌ লমখঙকে সারেল লমথোককে হায়ঙৈদা। লিলতাউরেল লাইবেল তাউরোইনাই চীঙব্রাং নোংসাবানা। খুনুং লোনজা অরিবাও কবিগী পনম হেকমাই কাগে হায়বনো। খাবা য়েলোইনা (চেপলোইনবনা) য়াংবা লোইখোইনববু উদবরা হায়না তুবি মৈনা কোন্না থৌখাম্ববু হোইয়ানরে। অদুনোংগীবু কোনয়া ও তৌনা কৌএ। ***( নিংথৌরোল লম্বুবা )***

## কোনয়া থোইতিংপাল

হয়রেম মচীসোয় খুনচান মনাউসোয়পু কাননা চোংনা। হয়রেম মরকসি কোনয়া থোইতিংপালব্রো কৌপাতি কতৌনোংকিনো। নোংয়াই খুমন নিংথৌ পুনসি য়ুমোইপাকী মসানৌ লোনয়ামপাতি তালোয় খমপনব্রাকী তরা চায়োমলকতারে। নোংয়াই মপাচানা তরা চাকয়োম থোকপাতা। অতোল ময়েললু নোংয়াই মপাচাসু তাঙচা য়িকাইখিএ। নোংয়াই তেংথানা পাৎপু কোনও কৌএ। পাৎপানবু য়াব্রো কৌএ। কোনয়া অচনপাতা হুপসং নমঙানানা থেংখোইখিএ। নোংয়াই লোনয়ামপাতি তরা চাপুকলাম ব্রুনপী চফমলেং পায়মা খোমনিংতিংলাপাকী। মরক ব্রোইনা সিরে। অতুনোংকিপু হয়রেম মরকসি কোনয়া থোইতিংপালব্রো তৌনা কৌএ । ***(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

## কোনলেন কোনচাউ ইনামুং

মোংপা তোরয়মাতি। নয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোননা চীংপুরোই লাংওললকপাতা। মোংপা তোরয়মা অসিতি করমনাপু খুপানো। মোংপা তুথুপমা অসিতি করম চাউপু চাউপানো। কোনলেন কোনচাউ য়িনামুংও কৌএ। ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

## কোনলোক

কোনলোক ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লোইবী মীকৌনা হেম্না তেংথানবা চীংলেন ব্রাংথোইবা নুংকাই খুনফমথিববু কোনও কৌএ। হেম্না চীঙতোনথক্তা লোইবী মনিল নাইনা খুন্দাববু লোক ও কৌএ। অদুনোংগী কোনলোক ও কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## কোনশা খুলপুঙ, কৌপা লৈখামপোক

খোয়নৌ নুংপাল চানুরা মাতা মাঙামকনা। হে খোয়নৌ য়ীতা লৈমা য়াংতৌ আতাউপীও। নঙনা নাতোমমক য়াংলৌ লমমাখাংতা কোলহৌপাতি। নাপারি তাইপং নামু পোংওইপাপু শাংলমপারা হায়না পাওহংপাপু। হোয়তা য়ীতা মাঙামা নামু পোংতি পোকলমতে। ওম্ভোকপা হারি খোলতৈপা চিঙয়ায় কোলথাচা চিঙশাং লাংলেপ্পা চেক্লা লোনথোকপাপু শাৎরময়ে হায়না পাউখুমপাপু। খোয়নৌ য়ীতাশিংও য়ীপারিপু হারি খোলতৈপানিকুম কোনকুম লিককুমপা ব্রানা লিকশং তামনা মালপাপু পোকলময়ে হায়নাতি পাওখুমখিয়ে। অতুনোংকিপু লোইপী কোনশা খুলপুঙ ও তৌনা কৌয়ে। য়ীপারি কৌপা লৈখাম মালপা খাংনৌপাপু পোকরময়ে। অতুনোংকিপু কৌপা লৈখামপোকও তৌনা কৌয়ে। *(খোংজোমনুপী নোংকারোল)*

## কোম্বী পাৎলেনকোন

কৌবা মদাইমদি খোইতোম অহনবগা মাস্তোম অতোনবগা অনিমকনা। মপন লীকলাবিচা নোংতংনুবু থিরকঙেদা। কোম্বী খুত্তা শুববু লাইজ ঈদা তারম্মে। অদুনোংগীবু কোম্বী পাৎলেন কোনও তৌনা কৌএ। *(লাঙোল চীঙোইরোল)*

## কোয়চিঙ কোয়মহৌ

হাওরৈ নোংপোক খানা পাংবারম কোয়চিঙ কোয়মহৌও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কম্বোং চেংখু চেকয়াম্বী মপারি চেঙলৈতোল লৌথিবা খমলৈতোল শাফববু। নোংয়াই লিকমল লাম্বুবনা কোয়না কোয়না তালনরে। লমলেন কোয়চিঙ কোয়মহৌও থোন্নয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## কোয়রেন চাম্বিপাৎ

পুমলেনগী তাইবিপাৎতগী চিঙখোঙ কোয়মনাওনা থাবু কোয়রবনিগীনা কোয়রেন চামবিপাৎও কৌয়ে। *( থিরেন লাইচম)*

## কোয়রেন

পুমলেন থোনমরকতি। খুনচান নিংথৌ পানাপাকা মসানৌ থাংআতোনকা য়াওরৌ সানাপাতা। হয়িৎ মখোয়ফোয় হয়চাং মমায় লেলএ কোয়রেলও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## কোলনাংসোয়

লৈমরেলগা সোরারেলগা কোন্নরময়ে কোলনাংসোয় কৌয়ে। *(লম্মীৎলোন চেথুপ)*

## কোললেনলৈ

শেল্লোয় মদাইমা কাইনৌ মখলমাদি কোনফমও কৌবদি কদৌনোংগীনো। অসাইঙৈগী খোইমোম লৈমরেনশিদবীনা লোইদাম থাবুলৈ ইহাংইমু লৈবু শীংলেন লৈশাৎঙৈদা। নুমিৎ শীংবুম মঙানিবু কোন্না লৈরময়ে। অদুনোংগীবু লমলেন কোললেনলৈও তৌনা কৌয়ে। *(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

## কোংগী চৈথাপান

লমলেন মদাইমদি কোংগী চৈথাপান লোকলৌ হৈয়েনতুও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কেগে খোইবা লাংমৈরেম্বা অথৌবগা নোংয়াই হৈয়েন অথৌবগা চায়না খোাংফেন্না তিনমেল তাচায়নঙৈদা। নোংয়াই হৈয়েল অথৌবগী তিনমেল মখুৎসুনা ফেললবদি সোয়রেন ফুম্বীতু ককলু লুমায় লেঙলে। কেগে খোয়বা লাংমৈরেমবগী তিনমেল মখুৎসুনা ফেললবদি। নোংয়াই হৈয়েন অথৌবগী লাবা থনুং থীৎলে। নোংয়াই হৈয়েন অথৌবদি ককলু সেংসৌননা লাইচ নমঙাননা লুতুরে। ময়িম কেগেনা তেংথানা কংফালপুদি কোংও কৌয়ে। লাইজ ঈসিংবুদি লোকলৌও কৌয়ে। কেগে খোয়বা লাংমৈরেমবা অথৌবনা কংফাল কোংকিথকতা চৈথারে। অদুনোংগীবু কোংগী চৈথাপালও তৌনা কৌয়ে। *( মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

## কোংঙাপাৎ

(১) খোইয়ম নোংপোক মালংহুমওইবনা। তাংখুল হুইতোক পাখংববু লৈনাশানা। পামেল উয়ুঙখাদা তমফা পান্থোইবীবু। খাবা মরালয়াই য়াংবা মশাইকোন্দগী নরান থৌচৎলকপরা হায়না। কোংনা কোংনা য়েংঙাময়ে কোংঙাপাৎও কৌয়ে। *(পাম্থোইবী নাহেরোন)*

(২) তমপা ব্রাংঙমলোন তুপী ব্রাংঙম ঙাঙয়েকচনুনা। অঙৌপা মশাপিপু কোংনা কোংনা য়েংঙাময়ে হায়পাকী কোংঙাপাৎও তৌনা কৌয়ে। *(পাম্থোইপী খোংকুল)*

## কোংঙা মচীংচিন

কেগে খুনতিনবী মচীংচিনগী। মোরি লেপপীচীং কৌবদি কদৌনোংগীনো। খোইয়ম লংবা য়াখংরোই তরেৎমনা মালেম লৈখোঙ কায়হললমলবগী। কেগে খুয়োল মোরি কৌবনা খোইয়ম লংবা য়াখংরোয় তরেৎমগী। তাঙজ খোঙখুনলীনা তালথখিববু চেংলৌ সকউদরবগী লেপনা কোংনা য়েংলময়ে হায়বগীবু। মোরি লেপপীচীং কোংনা কোংনা য়েংলময়ে কোংঙা মচীংচিনও তৌনা কৌয়ে। *(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

## কোংবা ঙাচৈথেন

লমলেন মতাইমা হাওরৈ নোংপোকলা পাংপারম। হয়রেম কাঙহৈনুখিংখিং কাঙহৈনু লেমলৈ ঙানা পামপীনা। মপারি নুংপান য়াংহনপা ব্রাকয়ৈ হিকুনুংতা য়াতাপা। থৌপাল লাইচা ঈরম ইনখিপাপু থীকলেন থাকাফু অচেল লোকলৈ হৌনা ইনতাললকপাতা। শরেং শমশাংপীচানা লাইচা ইরোননুংতা লেমলৈ ঙামোং চাউনা শরেং মৈফুঙামপাপু। মপারি নুংপাল য়াংহনপাপু খাচিকলপাকি। লাইচা ঈতা কুমনা পারি নুংপাল য়াংহনপাও লাউও হায়না পাওকৌববু লেমলৈ ঙাপু ও ইঙামলে। লেমলৈ ঙানা পামপী খিংখিংকাঙহৈনুনা মোমনু হেকঙাই মপাউ চাউনা শোনমোইখিয়ে। লেমলৈ শিথিপা শরেং লাংখৈপা থাঙলমপা লাইরোংপা ঙা করমপানো হায়না

চৈরময়ে। অতুনোংকিপু লেমলৈ কোংবা ঙাচৈথেনও তৌনা কৌয়ে। *(পাম্ভোইপী খোংকুল)*

*নোংপোক পাংবদা লৈবা হৈরেম কাঙহৈনু খিংখিং কাঙহৈনু ঙানা পাম্বী কৌবীনা মচানিপা অহল লুরাং য়াংহনববু কু মনুংদা হাগুনা তুরেলদা থাদখি। মচা কন্নবগীদমক য়াম্না ব্রানা কপ্পা তান্নরকপদা শরেং অচৌবা অমনা ঈশিং মনুংদা মোংদুনা মমৈনা ঈশিংদা ফুববু মচানিপা য়াংহনবা ওইরবোই নীংদুনা ঈশিংদা কুমদুনা ইমাগী ইবুঙো লুরাং য়াংহনবা নংবু লাউ-ও কৌরুবদদি ঙা ওইরম্লে। ঙানা পামবী খিংখিং কাঙহৈনুনা মথরাই শোক্লা চৈখি। শিরগদবা ঙা লাংদ থুরগদবা থাংনা য়াম্লগদবা শারেং অথকপা করম্বনো চৈরম্মী। অদুদগী কোংবা ঙাচৈথেন কৌখি।*

## কোংবোল শৌবী পাৎলেন

তাওরোইনাইগী মনমদা কোংপোল শৌখৎলময়ে। অদুগী কোংপোল শৌবী কৌয়ে। লাইরেলগী মনম পাৎলে পাৎলেন কৌয়ে। *(লম্মীৎলোন চেথুপ)*

## কোংব লুহেঙপাৎ

মৈতেংঙু হেমতৌ লোইয়ম্বা কৌবদি কদৌনোংগীনো। মৈতেংঙু লোইয়ম্বনা নোংয়াই শেনলৈপাক খুমন পাইরৈবাক্তা য়াকারুঙে। নোংয়াই চনুরা অতেংবীসিংনা মৈতেংঙু লোইয়ম্বা অসিবু শঙদিং নমিথোইয়ে। শঙদিং মনিঙখম পুনুং মফুরিৎ চৈরৈ ময়িলফিসুঙ হেনয়ে। তুবি মপাকলোই পাকলোই ঙাংচা থেমদাইয়েৎ পচেঙ শময়াখোমগীবু করম চুনবনো। মৈতেংঙুচা হেমদৌ লোইয়ম্বাও কৌসে হায়না মিংহোংখিয়ে। কোরৌ নুমিৎমদি মৈতেংঙুচা হেমদৌ লোইয়ম্ববু। নোংয়াই মচনলৈমা হৈবোকঙম্বী মনীংলৈমা পোলচেংঙম্বীনা। নুমিদাং থাবললোয়না শুমচি নাতৈনেৎ শুকমু লৈতমফেল লোইমোম কুরোল হু চেংজা মায়ঙৌ তালবদা। লাইরেল মৈতেংঙুচা হেমদৌ ইমালমচাও নংবু লাউও। শুকমু লৈতমফেল লোইমোম কুরোল হুমানাসে হায়না পাউমেলখোলগী। মৈতেংঙুচা হেমদৌ লোইয়ম্বনা ব্রাওইখিয়ে। য়োইবুনাই মচনলৈমা হৈবোকঙম্বী মনীংলৈমা পোলচেংঙম্বীও। ঐদি থংচিঙ ইখোকলাংবু নৎতে শুফরোইয়ে। খোকলাং নম্মু ইখুৎশুবু নৎতে ফেলফরোইয়ে। লোইমোম কদৌবা কুরোল হুশিবনো চেংজা করিগী মায়ঙৌ তাল্লকো হায়না। নোংয়াই অতেংবী মচনলৈমা হৈবোকঙম্বী মনীংলৈমা পোলচেংঙম্বী পাউমেলখোলগী। লাইরেল মৈতেংঙুনা তাংজ ইকাইখিয়ে। হয়েং কৌবা চিঙলেন নোংগা শোয়রবদা। লাইরেল মৈতেংঙুদি থেৎথাংচারিখম লাংমৈ পুঙলেনচিন শংদিং লাল্লেথেম। কুমজিং লোলখোঙ য়েৎনা খেরে মাঙইন্না হাওরৈ লাইনা পাংবরম। ব্রাংখৈ কোংবা হিকুথোং অচলবদা উশুক লাংয়া হৌদা খোইমা লাংখোঙ লেঙদনা তাংজ লমফমখি লিলা নাথেৎখিয়ে। নোংথোল তেংমাইথিনবা তানলোয় মরুমবী হন্নুনারেঙশুনা। মবেন শিদ অয়াঙফাবী ময়িনখঙবু ইনফুই মায়রংশোন হংগেল তাইকঙলাক পৌরা লুরকচন্না লেমলৈ ঙাচোপথেম্বদা। মৈতেংঙুবু খোয়মা নারোননুংগী চেংলৌ মিৎথিৎলবগী। কোরৌ থোইনায়েং ব্রাংবল পাংনা য়েংনা লাইরেল মৈতেংঙুচা হেমদৌ লোইয়ম্বা পোইরৈ খুন্না পাম্বা তয়ম নাইনা নিঙবা নংবু। নোংয়াই কদাইরম চাকতাংখি খুমন কদাইরম য়িমকাখিবনো। লাইরেল নশাবী অতোম য়োইরেনবদি কংলা লীব্রা শেৎঙমদে লাইব্রা পরিং তমঙমদে হায়না পোইরৈ খুন্না শোন্নয়ে তয়ম নাইনা হায়নয়ে হায়না শোনমোইখিববু। মৈতেংঙুনা নাতারবগী খোয়মা নারোন্নুংগী শানফোংলকলে। য়োইবুনাই হন্নু নারেঙশু কোনলোই নতিলমেল অসিবু পোইরৈ খুন্না হায়দআনা হায়বরা। তয়ম নাইনা শোনদআনা শোন্নবরা হায়না

পাউহংববু । লাইরেল মৈতেংঙুচা নংদি কোরৌ নোংলাংপাল লমগীবু তারকপরা মালেম লৈখারোনগীবু লিংখৎলকপরা। মোমনু কোনলোই ইতিলমেলবু করম নাতাবনো হায়থবদা। হোয়দা লাইরেল মৈতেংঙুচা ও পোইরৈ খুননা পামদআনা পাময়ে তয়ম নাইনা নিঙদআনা নিঙয়ে হায়না পাউমেনখোনগীবু। হন্নু নরেঙশুগা লাইরেল মৈতেংঙুচাগা খোয়মা নারোন্নুংদা মোমনু হিকোক মচুথাও নুরা কুমজিং পরৈ থোকনরময়ে। অদুনোংগীবু লমলেন কোংব লুহেঙপাৎও তৌনা কৌয়ে। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*মৈতেংঙু হেমদৌ লোইয়ম্বা - ইরানথাবা কৌদরিঙৈ হেমদৌ লোইয়ম্বা কৌরম্মী। মৈতৈ নিংথৌ ইরানথাবা খৃষ্টাব্দ ১১৬৩ গী ১১৯৫ ফাওবা পাল্লম্মী। মৈতেংঙু লোইতোংবনা শংলৈমা পান্নদুনা অতোম য়োইরেম্বা, ইরানথাবা , শারাবা অহুম পোকই। নোংয়াই ... পারৈবাক্তা - ইশেন ইবাই থোকপা খুমন লৈবাক্তা । য়াকারুঙৈ - লৈরুঙৈ। অতেংবীশিং - ফজবীশিং । শঙদিং নমিথোইয়ে - ফিজেৎ লৈতেংলগা হেন্না ফজৈ। শঙদিং মনিঙখম - নিঙখম ফৈজোম। পুনুং মফুরিৎ - ফুরিৎ । চৈরৈ ময়িলফিসুঙ - ইন্নফি। হেনয়ে- হেল্লে, থোইয়ে। তুবি মপাকলোই - নিংথৌগী কোয়েৎ । পাকলোই ঙাংচা - অঙাংবা কোয়েৎ । থেমদাইয়েৎ - ফজনা য়েৎপা। পচেঙ শময়াখোমগীবু - শমজে ৎনা শমহাত্তুনা খোমকৎপবু। করম চুনবনো - কয়া পক্লখবনো। কোরৌ নুমিৎমদি - নোংমগী নুমিৎ অমদি । নুমিদাং থাবল লোয়না - নুমিদাংগী থাবলদা। শুমচি ... তানবদা - ফৌশুবদা । রাওইথিয়ে - শাওথিয়ে। য়োইবুনাই - নুংশিরবী । ঐদি থংচিঙ ... শুফরোইয়ে- ঐদি ইখুৎশু তাখোক নত্তবনা ফৌশুবা তৌহৈদে। খোল্লাংনম্বু ... ফেলফরোইয়ে - খুৎশু নম্বুতা নত্তবনিনা ফৌশুবা য়ারোইয়ে। ফেলফরোইয়ে - হুনফরোই, থাদফরোই। লোইমোম ... তাল্লকো - কৈদৌবগী ফৌ শুজরুগবনো। হয়েং ... শোয়রববদা - হয়েং নোংঙাল্লবদা । থেৎথাং চারিখম - নীংখম শেৎপা । লাংমৈ পুঙলেনচিন - উচেক লাংমৈ মতুথেৎ। শংদিং লাল্লৈথেম - শাপোৎ লানপোৎশেৎ। কুমজিং লোলখোঙয়েৎনা- কোয়েৎয়েৎনা। খেরে মাঙইন্না - তাজিন্না মাঙথানা । হাওরৈ লাইনা পাংবরম - মায়গৈ অরাং পাংবা লম । হিকুথোং অচলবদা - হিকু থোংগী অচিকপা মফমদা। খোইমা লাংখোঙ লেঙহন্দনা - নাপী লাংনচিংবা লেঙহন হাইহন্দনা । তাংজ ... নাথেৎখিয়ে - লিন্না নাপীরক্তা লোৎপগুম থুগ্গুনা লৈখি। নোংথোন - ফম অমা । তেংমাইথিনবা - মশকনাইবা, লোইশঙগী মকোক । ময়িনখঙবু - ঙা ফানবা মাগী ইনবু। ইনফুই ... ঙাচোপথেম্বদা - ইনচিংদুনা ঙা ফাবদা। খোয়মা নারোন্নুংগী - নাপী মোংশোংমনুংদগী । চেংলৌমিৎথিৎলবগী - উরবগী । কোরৌ ... পাংনা য়েংনা - নোংমদোন্দা য়েংদুনা। পোইরৈ খুন্না পাম্বা - মৈতৈ লৈবাক্লা পাম্বা। তয়ম নাইনা নিঙবা নংবু - মনাইনা নিঙজবা নংবু। কদাইরম চাকতাংখি - করি লমদা শাইদাংখি, কনাগীদা লৈখি। য়িমকাখিবনো - কনাগী য়ুমদা লৈখিবনো । নশাবী - নয়াম্বা । কংলা লীরাশেৎ ঙমদে - রায়েন চৈরাক তৌঙমদে। লাইরা পরিং তমঙমদে - অচুম অরানগী রায়েন তৌবা ঙমদে লাইগী অশেংবা অচুম্বা রা হায়বা ঙমদে। শানফোংলক্লে - মশক উৎলক্লে, মশক খঙহল্লক্লে। কোনলোই নতিনমেন - নয়াথং । হায়দআনা হায়রবরা - শোয়দনমক হায়রবরা, অওইবমক হায়রবরা। শোন্দআনা শোন্নবরা - শোনবমক শোন্নরবরা , তশেংনা শোন্নরবরা। মোম্নু হিকোক ... পরৈ থোকনরময়ে - নুপী ওইবীগী চেকশিন্না পুনজবা কিশিবু থোকমিন্নরম্মী।*

## কোংলেনশি

পুরিকলাই সাংতোন লৈনাউতাপানা কেকে মকংলা মোইরাং কংলা তোংনায়াঙতা ফমনা রাহমখিএ । তয়ম

কেকে খুনফাংথৌ মোইরাং লাইফংথৌ অথৌলিচা হেপপা পানপা কৈসকপা কৈরেন তেংথাপাসিংব্রো। হাওরৈ নোংপোকলা পাংপারম লমলেন মতাইমা নোংয়াই কোকচা হীরু পানা কোইপালম । অতোন লাংয়েন সিনাইপানা ঙাকপালম অহোঙ তোংকন সাপা মরমখৈকী। লয়মাপী তোংলাংপী মতুয়া নোংয়াই অথিং সোইথিংপিচা অতোন থিংকোন য়াব্রা সোয়চেপপীচা মরৌপান সারা মাইলেমপা মকাইফম। য়োইরুমলোন অপানপী লৌসিখোংতৌপী খোংতৌরম। মতু তোমফাংয়িতেমপানা য়িথেমব্রাই থৌপাল লাইচা য়িমরুতা হুয়েল লানতারুসে। খুমন মংখুতোংপা কোকোন লৌসঙপাপু ফারুসে হায়না য়াহৌনারাপাকী। নয়ুনিংথৌ ঙাংঙোই লয়মাপাতি ব্রাকয়ৈ মখুনেৎ তোংচেং মানুংচঙ ব্রাকয়ৈ মৈনীলোঙপা। তোংচেংহিসাংপাংমাতা নমু পোংপুম ৫১ মাপু থিৎপা। ব্রাকয়ৈ হিসাংপাংমাতাসু নমু পোংপুম ৫১ মাপু থিৎপা। সুপনা তিললাপাকা পোংপুম ১০২ থিৎপা হিপু ব্রাকয়ৈ খোঙ ওইনা। নয়ুনিংথৌ সাংতোন লাইনাউতাপানা ব্রাকয়ৈ তেংমাইথকতা লানপোৎ চৈরৈ লমঙান ফিপু পুনুং মঙাল নাই। পুরিকলাই সংতিং মনিঙখমপু ব্রোকয়া তেমচিনসা লাইচা য়িয়ায়ঙাননা। মতাইরেম কেকে অথৌলিচা হেপপা পুমনা মাসুং । লীরুং খোঙতানেৎ তেনতোং নমতাহুন ব্রাকয়ৈ হিয়াম হোন তোংচেং মরাঙহৌনা হুয়েন লানতাখিয়ে। নোংয়াই লৌরেনপা অতোননা লমলেন ফৌকাতাউপু ফৈনাসম মোংপা তুখুনফাও হংকুন মহিথেনবু কাননা চোংনা। লাইরেন হয়রাং মচাখাকপু মতাইরেম ব্রাকয়ৈ হিসঙমননাপাতা তাউচিং হয়য়েনব্রাইপু নাতৈনানা য়িকোপ খোংনুংচঙ। লমলেন হাওরংসি লাইচা য়িরংকী য়িকোপ লাইপনসোয়পু য়ৌরে হায়পাপু। মপল খোংলৈমা মচা নোংয়াই খুমন অতোন লয়মাপানা নাতারাপাকী। নোংয়াইমাতি কংলা ব্রাফোঙলাকতা ফমনা ব্রাহমখিএ। তয়ম নোংয়াই খাথাথন অতোন লাইথা তিনপাসিংব্রো। ময়িম কেকে মোইরাং নিংথৌ সাংতোন লৈনাউতাপানা নোংয়াই ঐপু তাংসকতা অতোন ঐপু মীথাতানা। নোংয়াই য়িময়াহেপ অতোন পনয়া কোয়না য়িয়ুম থৌপাল লমমাহন নোংয়াই য়িকাইফম খুমন মংখুপাতা করিকী লানতারকপানো। কেকে মনিন নাইপাপু চেকলা তুকুম পনচনসি ব্রোকলেনতুকুম পনকোয় লোনকে হায়না। নোংয়াই হেকসোইনীক খুমন মথিনাইনা কংলা ব্রাসকনারে হায়তাপারা হে য়িব্রাং পুরিকলাইব্রো। ময়িম নোংয়াই মনিংথৌনা ব্রাহমলকএ। তয়মসিংব্রো য়িয়ুম নোংয়াই মচেৎমানা হুয়েন লানপুমমানা অব্রাংলায়না পাংপারম থৌপাল লাইচা য়িরম য়িননা হুয়েন লানতাখিব্রো । কেকে মায়য়োকয়ানা হাওরৈ নোংনেম খানা পাংপালমতা খোমথারকব্রো । নোংয়াই লানপুম মাচেৎমাকা অতোন নিংথৌ ঐকনা কেকে নিঙতা খোপনা। হাওরৈ খানা পাংপারম নোংয়াই ঐকী লৌরেনপা অতোন ফৌকাকচাউতাকী হৌনা নোংনেম লাইনা পাংপালমপু খোপলককে হায়না হুয়েন লানলম সীললাপাকা। নোংয়াই অথৌলিচা হেপপা অতোন থয়াঙ কোনাইতাইলোনপা পুমনামানা হুয়েন লানতাখিয়ে। অব্রাং লাইনা পাংপালমকী নোংয়াই মাচেৎমাকা কেকে মায়য়োক য়ানা হুয়েন লানসোকনারে। কেকে ব্রায়রা মতেনচাপু লাংপনচীংসাং খোইরেন পাইকুমএ। নোংয়াই ব্রাকয়ৈ খোঙব্রোইনানা অতোন ব্রায়রা মতেনচাপু য়িঙা নোংচুতমনা সোকনারাপাকী। কেকে লয়নাতা নোংয়াই চায়নাতারাপাপু কেকে তিমেন মখুৎসুপু খুপাক তিলাইমেননা থৌপোম লাংনা পানকুম তিমেন তায়াম হুন। নোংয়াই তিমেন মখুৎসুসুং তিমেন হুংসোল লয়না হুয়েন লানসোকনাখিরে। থাঙলেন লাময়াননাপাসুং চীংনুং নোংথাং কুপকুমলে। নোংয়াই অথৌলিচা হেপপা অতোন থয়াঙ কোনতাইলোনপাসিংপু। কেকে মায়য়োক য়াপাপু নোংয়াই চেননাতা তুরেল ব্রাইখুপিচা তুকুমপাপু নিঙতেনানা। লাইচা য়িহুম কনপা অনিমানা য়িমু চিনসোকনাপা কুম লানসোক মখৈ লৈতানা সোকনারিঙৈতা। নোংয়াই খুমন নিংথৌ অতোন য়িকোপ লানথাপাকী মাতাইরেম ব্রাকয়ৈ হিতা হৈপা মুকমু খোঙলমসু কনপা পুমনামানা । ব্রোকলেন লাংকোই চনকুমনা থিংলৌ পনচনলপাকী নোংয়াই মায়য়োক য়াঙমতনা থিঙলৌনিঙনা তেরে। নয়ু নিংথৌ সাংতোন লৈনাউতাপতি ব্রাকয়ৈ মখুনেৎ তোংচেং মনুংচঙপু।

ৱাকয়ে লুমাতোপপা তোংচেংহিসাং অনি লোঙপানিকিনা ৱাকয়ে থীননা লয় তোংচেং য়াঙনা হনঙমতানা কেকে নিঙতেনরকপাপু। নোংয়াই খুমননিংথৌ অতোন য়িকোপ লানথাপাকী মতাইরেম অথৌলিচা হেপপা পুমনা হৌনা হুয়েন লানসোকনাপাপু। লমলেন ফেনচিকোপ য়িকোপ লাইপনসোয়তা হুয়েন লানথারে । কেকে মোইরাংনিংথৌ সাংতোন লৈনাউতাপাতি নোংয়াই লানফম চাপুকখায় ৱাকয়ে মরাংহৌ তোংচেং মথিনাইনা ৱোনতেরকপাতা। নয়ু কেকে লয়মাপা ঙাংঙোই পোংলেনহনপানা ৱাহমলকয়ে। য়িতাইরেম অথৌলিচা হেপপা ঙাঙোই থয়াঙ কোনতাইলোনপাসিংৱো। নোংয়াই করম মীসাৱোই খুমন করম মরান ৱোইসিপানো। ময়িম নোংয়াইনপু করম পুঙথোনসিপানো । তনপা নখোয় মরাংহৌ কাওরেন তুকুমপাপু মথিনাইনা লাইচা থাথিনপেক য়িমু নমতা হুন নৌরেন পানপায় লাকনা তনপা কাচক হৌৱো । ৱাকয়ে য়িখুনেৎ তোংচেংয়িনৌপানাসুং ৱাকয়ে মথিনাই তোংচেং নরাঙ হৌৱো । ৱাকয়ে নঙখোয়না নথিনাইতা তোংচেংনরাঙ হৌতারপাকী । ময়িম নোংয়াইনা ৱাকয়ে য়িখুনেৎ নঙপুসুং পাৎথি লমলোইনা কোনতে থোংসাননা লময়াই পুংখুন চননারঙেনে হায়না থৌতোংখিএ । নোংয়াই মনিন নাইপাতি অতোন মরাঙহৌনা চেংলৈ নাৱাংয়িপু লাইচা তুয়াখোপনা হুয়েন লানসোকনারাপাকী । কেকে থিংলৌ য়াইথায়াম নোংয়াই মরোঙ চৈচেনহকলাপাকী । অতোন অমরক মরাঙহৌ খুমন মথিনাইনা ৱাকয়ে হিমায়য়ে তোংচেং নৌমৈথংনা হুয়েন লানতাললকলাপাতা । কেকে মোইরাংনিংথৌ য়িৱাং পুরকলাই সাংতোন লৈনৌতাপা মতাইরেম তোংচেং নাউমৈকী খুমু নৌচাউসুপা । পোনপী ৱায়রংচেক মসুংমাননা মিৎয়েং নানিলোঙপা লোয়য়ম কোংচামপা অথৌপা কোয়রেন নৌমৈ খৈপাপু নোংয়াই ৱায়রা মতেনচানা ৱায়রা তেনপাললাপাকী। লাইচা য়িপাকথকতা তাঙচা মসম ফানথারে। অতু নোংকিপু লোয়য়ম কোংপা তাসমচাই লমনুংসিৱো তৌনা কৌএ ।

কেকে পুরিকলাই ঙাংঙোই পোংলেনহনপা ৱাকয়ে মখুনেৎ তোংচেংহিনৌপাসুং চয়রৎলাপাকী কেকে লয়মাপা পুরিকলাই সাংতোন লৈনাউ তাপাতি । খোয়মা মায়রৈতা য়ামচেং মনমমুকতা লানফম মায়য়োক য়ানা। ৱাকয়ে তেংমায়থকতা সমু খোঙপু থীন লীরি থমোইতিং লকাতেনমৈ লাকনা ৱায়রা তেনৱাইথপাতি। ৱায়রা মতেন পুমনামকনা নোংয়াই নমুমীরেন হাঙতানা ৱায়রা তেনপাললাপাসুং । খুমন মনিন নাইপাতি খোয়মা মায়রৈপিতে। কেকে অথৌলিচা হেপপা পুমনামাকা নোংয়াই মনিন নাইপাকা সমু হকথেংফংনারাপাকী। থাঙলেন লাময়াননানা তিমেন লুমথিননানা হুয়েন লানসোকনারাপাকী নমু মীয়াম সিনারে হায়তাপারা। নোংয়াই মনিন নাইপানা পানপা লাংকোইচনকুম নোংয়াই মীয়াম কোয়না ৱাকয়ে হিয়াম কোয়সিললকলাপাতা। নয়ুনিংথৌ কেকে লয়মাপানা ময়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ চীংঙু য়াইপী পললোই তানপাপু। সমু চাংচৌ চেপনা লোননা চীংঙু নাতম য়েংনা পুরুমচাখিয়ে। চীংঙু নথৌথা খোইয়ম নৱায়েনকী পলেম নোংপাললোন য়িমু সিয়োমলাতাকী লাইপক খেলাই য়িরকপাপু লমচাইফতাপানারিঙেনে। লানফম মৈসালকতা য়িতোমথৌনা কোরৌ ঙমলোইথৌতা ক্লনপি পুকনিং থমলাকে হায়না চীংঙু সামন লীকিনারে হায়তাপারা হে য়িৱাং পুরিকলাইৱো নয়ু নিংথৌ খারম আইমোন লানথাপা পানপা কৈচেং লাংকুমপাতি । থিংলৌ ৱোনথাকাউ ৱোকলেন লাংসম থৌপানা থিংলৌ তাপাললাপাকী ৱোকলেন মমায় লয়সিললাপা তুকুমপাপু নোংয়াই মায়য়োক য়ানা ৱাহমখিএ। নোংয়াই মনিন নাইপাসিংৱো য়িয়ু কেকে লয়মাপা নিংথৌ মরোল খুতিংতাসুং নোংয়াই মপুংয়ায়তা সায়পা পনয়ানথা লাংখোংয়িতাসি পনম খোময়ে খায়পাপু লাননংএ হায়পাপু নাতারকতে। য়িয়িম কেকে চাউপা পুংপু কেকে চেপনা হাই ঙাংঙোই পুননা লৈরাপাকী লাননংলাপা ৱাপু নৎতে । নোংয়াই মরমখাঙ খুমন মকাইফম থৌপাল লমমাহল খুমন মংখুপাৎতা। কেকে লমহাইকে হায়পাকীপু য়িতোম লাননংলাপানে হায়না । খোয়মা মায়লৈতা য়ামচেং মনম

মুকতানা খোইয়ম লাইরৈপাক কোরৌ নোংমতোনতা য়াইপী লিতিননাখিরে হায়তাপারা। মতাইরেম অথৌলিচা হেপপা ঙাঙোই থয়াঙকোনতাইলোনপা ৱাকয়ে হিসাংথনপা পুমনামাসুং। নমু মীয়ামসিনা নোংয়াই লানকা মাঙলৌরে । অতুনোংকিপু লমলেন কোংলেনসিৱো তৌনা কৌএ । *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## কোৎচাম্বী ঈরেন

মৈদিংঙু খুমোম্বনা (খৃ : ১২৬৩ - ১২৭৮) মীগী মচীন্দগী খেন্দে নিংথৌগী মতুবু মশক ফজে হায়বা তারদুনা মনাইশিংদা হায়এ। মাগী মতু অসিবু লৌগে নখোয় চত্তুনা থেমও মাগী খুদোন্দি খামেন চৎপা ফিশাং পুদুনা থেমলুও হায়রবদা। খেন্দে য়ৌরবদা খেন্দে নিংথৌনা মৈতৈনি হায়বা খঙদুনা ৱারম করিগী লাকপনো হায়না হংলকয়ে। ঐখোয়না লাকপদি মৈতে নিংথৌনা শীরকয়ে। নংগী লৈবাক্কা ঐখোয়গী লৈবাক্কা চান্নসে । মহারানীগী খুদোন্দি খামেন চৎপা অসি পিরকয়ে হায়না পাওতমলে। খেন্দে নিংথৌনা ৱারম অদু তারবদা মবুক নুংঙাইনা য়ারে। নিংথৌনা হায়রকপদি নংগী লৈবাক্কা ঐখোয়গা চাক কৌনসে হায়রকয়ে হায়রবদা। খেন্দে নিংথৌসু য়ারে মহারানীসু য়ারে। অদুগী মতুংদা মহারানীগা নিংথৌগা লোয়ননা মৈতে য়ৌনা লাকলে। নিংথৌ অনিমক চামিন থকমিন্নরে। পুক্লীং তপনা নুমিৎ মঙানি লৈরে। মৈতে নিংথৌগা খেন্দে মহারানীগা অনিমক্তি হৈরাং লোনচৎনরে। পুক্লীং অমত্তা ওইনরে মৱাদি খঙদে। মঙানি লৈরমলগা ইতাওদি চৎলো হায়দুনা চৎখরে। লমখাংদা মহারানীবু হৈ খরা শেমও চাগে হায়রবদা ঐদি শেন্বা য়াদরে। করি তৌবা হংয়ে। ঐবুদি মৈতে নিংথৌনা লৈচিনখরে। অদু ওইরবদি নশা ইরুও হায়রে। মশামনুং ফংনা কোৎনা চামনা ইরুরময়ে হায়বগী কোৎচাম্বী ইরেন কৌয়ে। *(মিয়াং লারৈ লাথুপ)*

## কৌজেংৱা

কৌবা মতাইমাদি লমলেন কৌজেংৱাও কৌবদি কদৌনোংগীনো। চাইরেন য়াওফুরাকপা তাল্লোয় মরুম্বী অরাই লাইচাবীনা। ঐগী পুকশ্রি ৱান্দং মানুবী লোইদাম ইঙা চাবীথা লাইজ ঈনৌ কারকপদা। থাংয়ি মপান ফাহন্দনা কৌজেংয়াম্না ফৌ চারক্লে। কোরৌহন্নাকাং কুম্বী য়াইচেং নিক্লক্লে। তমফা ৱাংঙমলোন খম্নুং নাউৱা অপিশকনা ৱাকয়ে হিতুক হোন্না খম্নুং লাংওল্লকপবু থৌখাম্বী। লৈমদা য়োইরেন কৈরাৎলান কৌবা খ্বাই নোংজেনবম পিবা খামেন নোংকাপ্পা মৈনম নোংজেনবা। য়োইরেন শল্লাই থংতাগী কৌজেং মাইবা নঙনা পোইরৈ পুমনা হৌনা। তরেৎ শেনবান খায়না মানবী চকলৈ কাও কাওরেন লেংবা শন অমুবীনা কোংয়াং ৱাপানথানা। কোরৌ হন্নাকাং কুমবী য়াইচেং নিক্কনি হায়বগীবু থৌখামবা ৱানে। কৌবা কৌজেংৱানে।

*(লাঙোল চীঙোইরোল)*

## কৌবা ইরোঙ

লমলেন মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লাংওল্লকপদা। লাইচা ইরানলকপদা লাইচা ইচিন অনি লোঙঙাময়ে। শাবি ইতে লৈমাও লাইচা ইরোন্নুংদা থৌদু ইশংথাংয়ে শমু খুনানথোকনে। তাঙচা ইখোঙখুনবু ইল্লকও হায়না কৌনা কৌনা লানখিয়ে। কৌপা ইরোঙ-ও থোন্নাএ। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

## কৌবা কৌনু

লৈমা য়াংতৌ অতাউপীতি মপারি হারি খোলতৈপাপু খাইনারমলাপাকা। অৱাং লাইনা পংপালমতা খোয়নৌ

মাতা মাঙামাপু কৌনা কৌনা কাবকয়ে হাযপাকিপু। আতুনোংকিপু কৌপা কৌনু ও তৌনা কৌযে।
*(খোংজোমনুপী নোংকারোল)*

## কৌবা লৌচীংকোম

কৌবা লৌচীংকোন চীংকোন কোল্লাংমৈ হৈনা য়াংনুখামও কৌবদি । লুৱাং লোইনাই য়াওশা তানবনা লাবা খুমনবু য়াংদৌ শাবম লীবদা। তিমেন মখুৎশুবু খোযমা নাবোম্নুংদা ফেনচিনখিববু। শেল্লোই মপাতাও চীংখোঙ কোইমনাওগী ফৈবা তানবু তুনা পাল্লে। ইমুফিবাক শাববু লুৱাং লোইনাই হৈনা  মযাংনুনা খামঙমএ। হৈনা য়াংনুখামও থোন্নেএ। লুৱাং লোইনাই যাওশা তানবনা পাথৌ চীংখোঙ কোইমনাওও। য়াবৌশা কবম্বনো তিমেন তা ফেনথিল্লে। চীংখোঙ মফৈতোনবু কবমতুনা পানবনো হায়না শাবেন যেৎনা কোল্লমএ। কৌবা লৌচীংকোন চীংকোন কোল্লাং মৈও কৌএ। চীংখোঙ কোইমনাওনা নুংবান আযুমনাক লুৱাং ইসাইকোনবু কবম কাগদবনো হাযনা। হাযু ইমা হাযনা শোল্লমএ হাযু কাবা থেলও কৌএ। *(লুৱাংলোন খোংকুন)*

## খমনুংখোং

কৌবা মদাইমদি তম্ফা পানথোইবীনা ইনুংমাদা নোংপোক খোইয়ম লাইয়িংথৌগা তোয়নরিঙৈদা। ইবিংঙাবু ইনু তেকঙানা উগনে কৌবা চীংনুং শোয়রক্লে হায়নখিএ। অদুনোংগীবু কৌবা চীংনুংশোয়ও তৌনা কৌএ। খমনুং শিদনুবী শাওনখিএ। অদুনোংগীবু খমনুংখোংও তৌনা কৌএ। ***( লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)***

*ইনুংমাদা - অহিং অমদা। তোয়নরিঙৈদা - লোয়নরিঙৈদা, তিন্নরিঙৈদা। ইবিংঙাবু - ঐখোয় অনীবু। ইনুতেকঙা - কংলৈ নিংথৌ খাবা শোকয়োংবগী নুপী, ব্রাঙমলোন পাম্বোইবীগী মনেম্বোক। কৌবা ইনুংশোয়রক্লে- নোংঙাল্লক্লে। খমনুং শিদনুবী - তাইবং মীওইবগী থরায়বু থেমদোক্নুনা পুবা লাই। শাওনখিএ - শায়োন তৌখি, শক হোংখি।*

## খমতৌবী খমতৌবখোং

খমতৌবী খমতৌবনা খোংমা তৌএ। খমতৌবী খমতৌবা খোংও কৌএ। ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

## খমপা ফাবী চারারৈ

লমলেন ইরাল লোইথালৌ লাইথং পুঙতোয়লৌ পাসি ফমদমলৌ। খোইমোম লাইরাল চিঙ খুমন ললপা হিয়াংথাং লাললোই খাকোকতাও। ইরেম লাইপাখারা মচিঙচিনদ মদোম খাল্লে লৌতাব। খমবা ব্রাংতৈ নাহা হেমচেং লোয়রং অতৈববু। মদাইরেম লেমথোঙ লৈসাংথৌ অখুবনা। লুরক কাঙতৈথি খৌনাও লোলথোঙলেন হকচেং মামাললৌ লাল্লু পোল্লেম হাল্লকপবু। মৈতৈলৈমা নোংপাল্লোন নিংথৌপোকপিনা খমপা ফাবী চারারৈপু। পাৎথি লমতমনা থোংতু ব্রাইরোকপা মসুমাঙ পাৎয়াই চানমপা মরমখৈ মাথিঙ খাংখাপা মায়িমনাক্কী। লাল্লোই লমদাংশাং থোংলেন মীকৌরমদ। লাল্লু খুৎতাশু হৈরাংলুদথোংনা তাওজিং হৈচেন্নরকয়ে। অদু নোংগীবু খমপা ফাবী চারারৈ থোংলেন নিংথৌকোল সাফাপা লমও তৌনা কৌয়ে। ***( নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*হেমচেং - চকপা। অতৈবা - অতোপ্পা, ফত্তবা, মবুক শেংদব। লুরক কাঙতৈথি খৌনাও লোলথোঙলেন - মঙক কপপা। হকচেং মামাললৌ - অশিবগী হকচাং পুরকপা। লাল্লু পোল্লেম হাল্লকপবু - মকোক পোল্লাংদা হাপ্পকপবু। নোংপাল্লোন নিংথৌপোকপী - মৈতৈ নিংথৌ খুমোম্বগী মমা। থোংতু - থোংজু। লাল্লু খুৎতাশু - কোক খুত্তা পায়না। হৈরাং লুদথোংনা - হৈ কোকথক্তা পুদুনা।*

## খমপুৎ

কম্বোং চেংখু চেংয়াম্বী মপারি তরামঙামকনা চামলৌ লাচেন্নগে লাংবদা। খুঞ্জান লাইরুচেঙ শিলহৈবা চনু লিনগোইগী নোংয়ায় লীকমন লাম্থবনা কম্বোং নপারম লংমাই নপুরমবু নত্তে। নোংয়ায় ইপারমদা করিগী চামলৌ লাচেন্নরগবনো হায়না কোয়না কোয়না তান্নরে কোইচীংও থোন্নেয়ে। মশম মনা ব্রায়না ফারে ব্রায়থৌও কৌয়ে। মশা লাকনা চিংখৎলে শজিংও থোন্নেয়ে। অমা লোংনা কমলে লারোংকোনও কৌয়ে। পুৎথা পুৎথা তান্নরে খমপুৎও থোন্নেয়ে। চিংলৈতোন শাথিবা খমলৈতোন লৌথীববু খন্না ফারে চীংখম লমলেনবা ও কৌয়ে। কমবোং মহি নাদা শীংদা ঙাঙনা কারে ঙাংলৌও থোন্নেয়ে। *( চায়নারোন)*

*কম্বোং চেংখু চেংয়াম্বীগী মচানিপা তরামঙানা লা হেক্কে হোৎনবদা খুঞ্জানগী লাইরুচেঙ শিলহৈবগী মচানুপীনা পোকপা খুমনগী লীকমন লাম্থবনা। কম্বোং নখোয়গী নপা লম লংমাই নপুলমবু নত্তে। খুমন লমদা করিগীদমক লা হেক্কবনো হায়না কোয়না কোয়না তান্নরে কোয়চীংও থোনখি। মশম লাকনা ফারে ব্রায়থৌ কৌখি। মশা লাকনা চিংখৎলে শজিংও থোনখি। অমা লোংনা কমলে লারোংকোনও কৌয়ে। পুৎথা পুৎথা তান্নরে খমপুৎ থোনখি। চীংলৈতোন শাথিবা খমলৈতোন লৌথীববু খন্না ফারে চীংখম লমলেনবা কৌই। কম্বোং ঈনা নাপী-শীংনাদা ঙাঙনা তৈরে ঙাংলৌ থোনখি।*

*কম্বোং - থাঙঙা কম্বোং। লাচেন্নগে - লা-হেক্কে। লাংবদা - থৌরাং তৌবদা। মশম মনা ব্রায়না - মশম লাক্লা। কমলে - থাঙনা কক্লে। মহি - ঈ। নাদা শীংদা - নাপী শীংনাদা।*

## খমলাং পারমলান ইরেং পুরমলান

লমলেন খমলাং পারমলান ইরেং পুরমলানও কৌবদি। চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংবুরোই লাংওল্লকপদা। মুরুপ্পা মাশঙশা শাতানপা মাকাইফম। শঙলেন মাঙলম খন্না উপল পোপতেক লৈ। চানা শঙশোংয়ান শাব্রা য়াংশঙশানা ফাইয়েঙ নোংফাইবা চীংনুং য়ারেকপদা। খমলাং মপা অমনবা ইরেং মাপু আকেম্বনা লান্নখিয়ে। খমলাং পারমলান ইরেং পুরমলানও তৌনা কৌয়ে। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

*লমদম অমবু খল্লাং পারমলান ইরেং পুরমলান কৌখিবদি। চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীং অমদগী লাম্লকপদা শঙ অমনবা অমা লৈরম্মী। শাদানবশিংগী পনফম ওইবা অচৌবা শঙ অসি মাঙ্গোল নাইনা মাঙদ খম্থদুনা উপন্না পোপতেক লৈরগা হুমদাং পান্দুনা নাপী ঈনানা কুপ্পা শঙদা অহিং লেকপদা, মপা মপু শিথ্রবশিংনা শঙ অদু লাম্থোক্নুনা চৎখি হায়বদগী খমলাং পারমলান ইরেং পুরমলান কৌখি।*

## খমলাং মোইকাইচীং

কেগে মোইরাং খোইবা লাংমৈরেম্বা অথৌবনা। মৈদিংঙু নোইনাই থব্রানথাবগী মোংবা য়ুমমিৎ ওনগে কংলা শঙলেপ তমগে ব্রাঙ্গোল লংমাই থাংগে হায়না হুয়েন লানগারকপদা। মৈদিংঙু মদাইরেম মমোম তোংচিং থব্রানপীচা খল্লাং মোইচাঙম্বা অথৌবনা হুয়েন লান্দাখিবু। হকচেং শমগে শমলৌদে মমাল লৌগে লৌরৌদে। হিনাও কাঙদোনথব্বী লিক্কোল মোইকোই তোপ্পবু থাঙলেন মখুৎশুনা য়ানখাইবময়ে। ময়ুম কেগেনা তেংথানা মোইরাং মী কৌননা কায়রববুদি চিরবাও কৌয়ে। অদুনোংগীবু খল্লাং মোইকাই চীংও তৌনা কৌয়ে। *(শল কাও)*

*মোইরাংগী খোইবা লাংমৈরেম্বা কৌবা অথৌবনা মৈতৈ নিংথৌ থরানথাবগী মথক্তা লান্দাগে লাকপদা থরানথাবা নিংথৌগী মনাই তোংচিং থরানবীগী মচা খল্লাং মোইচাওম্বা অথৌবগা লাল শোক্লরবদা, ফু চৈদুনা হাংপা ঙমহৌদবদগী হিনাওদা থেংপা লিক্লোল মোইবুংবু থাওনা য়ানখাইরম্মী। মোইরাংগী মীনা হায়নবা ঙাংনবদি অকায়ববুদি চিরবা কৌই। মরম অদুদগী খল্লাং মোইকাই চীং কৌই।*

*মোংবা - য়ুম। য়ুমমিং, য়ুমিং - লাল। শঙলেপ তমগে - শঙগী মরেপ তমগে। রাঙ্গোল-চাবোক শঙ। হুয়েন লালগারকপদা - লাল লাকপদা, লালহৌরকপদা। হকচেং শমগে শমলৌদে মমাল লৌগে লৌরৌদে - ফুবসু ঙমহৌদে, হাংলগা অশিবগী মকোক লৌবসু ঙমদে। হিনাও কাওদোনথক্কী - হিনাও মতোনগী। মোইকাই - মোইবুং মচেং। তোম্ববু - নম্ববু, থেংপবু।*

## খলোং

নোংমাইচিঙ খলোংগী শুরুং মফম অসিদা লাইনিংথৌ নোংপোক নিংথৌগী ফম্বাল মফমনি। মফম অসিদা লাই ময়ামনা নোংপোকপু নিংথৌ হাপ্লগা লৈ লাংলগা য়েন্নদুনা তাইবঙপানবগী জীব পূম্নমক্তা পুন্সি লৈরাং য়েনখি। মদুগীদমক মফম অসিদ চাহিগী পুনশি নিব খুরুম্লবনি। খলোঙ্গি মখাদ শুরুং লৈ মথক্তা নোংপোকনা ফম্বাল তোংবগী মরমনা। লৈবাক অসিগী নিংথৌশিংনা ফম্বাল তোংব, তোংবদা পূম্নমক নিংথৌরোল মশীং চন্নবা মহুৎশিনবা খলোং য়ুংনৈ। মফম অসিবু নোংপোক নিংথৌনা ফম্বাল তোংখিবা মফমনি হায়বগী খলোং কৌই। ***(চিঙগোই লুম্বা)***

*লমতা থাশি য়ৌগদবা নুমিং হুমনি রাংলিঙৈদা মৈতৈগী অহল লক্ষ্মন নহা নুবী পুম্নমকনা চিঙগোই ঈরুপ্পা চংনৈ। মসি মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম চংলবা মতুংদা ঈরুপ্লখিবা নত্তে। থায়নদগী লৈরক্লবা মৈতৈগী চংনবী অমনি। মৈদিংগু গরিবনিরাজ সনা হকথক্তা রামায়েত ধর্ম্ম চংপদা মৈতৈগী মনাং কয়া থুগাইরগা ময়াংগী পোং পুশিল্লকপা মতমদগী চিঙগোই বাকনি খুরুম্বা হায়খি। মদুগা লোয়ননা মহাদেব খুরুমবা হায়বা অসি পুশিনখি। অদুবু চিঙগোই ঈরুপ্পদি ঙসি ফাওবা হোংদ্রি। মহাদেব খুভম অমা লৈরিবসি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা মহাকথক্তা গোসাইগীদমক য়ুম্লাব কৈরুংবনা চিঙয়ায়গী মহাদেব অসিগা লক্ষ্মী কুণ্ডগা শেমখিবনি। সার চুরাচান্দ হাক্তুক্তা বামোন্না লৌশিনখি। মদুগা লোয়ননা নোংলম্বুনা লাংচরম্বা হুম্বুনারেংসুবীসু সরস্বতী মিংথোনদুনা বামোননা লৌশিনখি। হৌজিক ময়াম্না খঙনরিবা লাইফমদি চিঙয়ায়গী মহাদেব, সরস্বতী কুণ্ড, শঙ্গাই য়ুমফম, খলোঙ অমসুং নুঙখোং নুংনাউবী অসিনি। নোংপোক নিংথৌবু মহাদেব ওইনা খনবা য়াওই। মসি তৌহৈদবা মীমাঙদা ইকাইবা রানি।*

## খ্বাই

গুরু শিদবনা নমু তাইবং উরবদা শানথুপ্লা য়াররোই খন্দুনা রাংখৈ কৈদুপুংদা লোৎপসু, নমু তাইবং মীয়াম্না গুরুবু রাংনা খৈনা উখিবদগী লোৎপা য়াদ্রদুনা। গুরুনা অতোপ্পা লোৎফম থিরকলবদা গুরু মাঙখিগনি হায়দুনা খ্বাই ময়াম চংনা গুরুবু তান্নরকই হায়বগী মফম অদু খ্বাই কৌনখি। ***(লম্মীৎলোন)***

## খ্বাই তাখোমথোং

কংলৈ মদাইমদি খ্বাই তাখোমথোং ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। খ্বাইচাদি হাৱায়বগা লমলৈচাদি অরৈবগ

লোক্কারাম্ব লাঙকম্ববু লীকথাবসু সরামপা য়াইখুনচা য়াইচাবগা লুব্রাংপাসু ব্রাইরোকপগা। ব্রাব খুলথীনা চেঙচা লালনংনা থাঙলেন মখুৎসুনা ঙাইখঙদ তিমেল মনুংচঙনা ঙাইথিদঙৈ। য়াইসখুল য়াইচাবনা খ্বাই হাব্রাইবগী তিমেল মখুৎসুবু খোকলাং তাবুলসানা খোমথখিয়ে। অদুনোংগীবু খ্বাই তাখোমথোংও তৌনা কৌয়ে। *(মৈতৈ কংলৈরোল)*

*কংলৈগী লম মতাই অমদি খ্বাই তাখোমথোং কৌবদি করি মরমগীনো। খ্বাইদা পোকপা হাব্রাইবগা য়াইক্কুল মচা য়াইচাবগা থাংতা য়াওদনা চায়নঙৈদা মায়থীরবা খ্বাই মচা হাব্রাইবগী শুৎশুতাবু খোমদুনা পুখি। নুমিৎ অদুদগী হৌনা মফম অদুবু খ্বাই তাখোমথোং হায়না কৌনখি।*

### খ্বাইরম্বন্দ

খ্বাই নুংজেংবী চনুনা খ্বাই অরোইবা লম, লমলেন মলমখৈদা নুমিৎ খুদিংগী কৈথেল কাদুনা ক্বা য়োল্লি। নোংমদি লাইয়িংথৌ স্নামহিনা শায়োল পুথোক্কুনা খব্রাই নুংজেংবী চনুবু লংনবদু খ্বাইগী মীয়াম্না উবদা লমখাংদা চৎকদবা মথৌ পন্দুনা হরাও কুম্মৈগুম য়েংনখি। খ্বাইনা লমখাংদা পন্দুনা কুম্মৈ য়েংখি হায়দুনা খ্বাই-লম-পন্দ হায়বদগী মফম অদু খ্বাইরমবন্দ কৌনখি। *(লম্মীংলোন)*

### খাইচাপূং

লাইতোল লৈমা খাংনৌপীনা মতাইরেম কেকে খুনফাংথৌ। কেকে খুনথক খুনখাকী তয়ম মনিন নাইপা পুমনামাপু। তরা লুকমায় লেমনা মায়খঙখিএ। য়িতাইলেম অথৌলিচা হেপ্পা। থয়াঙ কোনতাইলোনপা সচীক লাননোংতম থপা লাননোংখায়পাপু সোয়তাপা নঙখোয়কা। লংমাই ফুরোইনু থাংঙা কমপোং ওংপী মন্নসৌ। কোংয়াং ব্রাসাসৌ লোকলৌ সৌরাইতাঙনা। খুয়া য়ৌরুমমেন য়িমু ফিরাক সাপাপু সোঙকিতাপা। কাউরেন তামপা সনসকপা কৈরেন তেংথাপা নংখোয়তি তরা লুকতোম চাউব্রো। য়িতাইরেম থয়াঙ কোনতাই লোনতাপা মোমনু মসুং মমানপা নুচা মমান তমপা নঙখোয়তি। য়াংলৈ তাউপা হুইচাকা তরা লুকচুম মননৌব্রো। থুমনাউ মখুতোনসু থেকচানা য়েননাউ মসাতোনসুং খাইচানৌব্রো হায়খিএ। মতাইরেমসিংনা কেকে লাইতোন লৈমাব্রো করি খোয়নো ব্রোনথোকএ। য়েননাউ মসাতোনপু খাইচামননাখিএ। অতুনোংকিপু লাইতোল লৈমা খাইচাপূংব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*লাইতোন লৈমা - মোইরাং নিংথৌ ইথাই কাইরেম্বগী লৈমা। কেকে খুনফাংথৌ - মোইরাংগী খুঞ্জা নাইজ। মনিল নাইপা পুমনামাপু - মশক নাইবা পুম্নমকপু। তরা ... মায়খঙখিএ - চাক কৌদুনা শকখঙনখি। সচীক ... সোয়তাপা - শক্তিক থবানা ঙানবগুম ঙানবা। মন্নসৌ - শিখিবা শৌ। কোংয়াং ব্রাসাসৌ - ব্রাগী অতুম্বা মচীন। লোক্লৌ সৌরাই তাঙনা - শাখিনা তুম্লবা শৌনা। খুয়া য়ৌরুমমেন - খুয়াদা মচিন তুম্বনা খিনবা। য়িমুফিরাক শাপাপু - ঈ থোক্লা শোক্লববু। সোঙকিতাপা - কিবীদবা। তরা লুকতোম চাউব্রো - তোঙান্না চাক চাও। হুইচাকা - হুইগা। তরা লুকচুম মননৌব্রো - চাক চামিন্নৌ। মোমনু ... তমপা - নুপী মানবা নুপীগী শাজং চৎপা। থুমনাউ ... খাইচানৌব্রো - য়েনগী মখোঙ মশা খাইখিবদু চাও। করি খোইনো - করি পুকচেন্নো।*

### খাউপুবা খোং

নোংয়াই খাউপুপানা খোংমা তৌএ। লমলেন খাউপুপা খোং-ও থোননৈএ। *( তোরৈরোল)*

## খাগেম পল্লি

(১) খৃষ্টাব্দ ১৫৯৭ মৈদিংঙু খাগেম্বনা পোইরৈ মৈতে লৈবাক্তা নিংথৌ ওই। নিংথৌ অসিগী স্না মহাকথক্তা লম্বী খোং অনৌবা য়াম্লা শেম শারম্মী অমসুং তূ খোং কয়াসু তৌরম্মী। স্না মহাক থক্তা থোল্লম্বা পল্লিনি হায়দুনা নিংথৌ কোলোয় মমিংলৌরগা খাগেম পল্লি হায়না থোনখি। *(লম্মীংলোন )*

(২) নিংথৌ খাগেম্বনা খণ্ডলম্বা লাইফমদি পুম্রিগী মওংনে । উপান অনি হৌয়ে ইরাৎতি শমজিল পোৎলোই সুনা চুং থাং চোংলেন হুমাই য়াওনা কুজাও। অসি লাৎলবদি তখেল ময়াংঙময়ে। অদুগী খাগেম্বা পল্লি কৌয়ে। *(য়াবিরোক)*

## খাঙলাপুঙ

চকপা কাংবুগী হল্লেঙ হনচোক মচিন মনাও অনিনা চিংদুনা খুন্দাফম থিরকই। ময়াম্বা হলেঙগী কাংবুনা ঙাখা অতেকপবু পোরোমপাৎ মনাক্তা চাক থোংদুনা চানবা থৌরাং তৌই। মনাও হনচোক্কী কাংবুনা খজিং অতেকপা থোংই। ময়াম্বগী কাংবুদি চাক চাবা তোক্লে। মনাওগী কাংবুদি খজিং অতেকপা ঙাংলকপা অদুবু ঈ চঙলি মুন্দ্রি হায়দুনা লোম্দুনা লৈরে। ময়াম্মনা হায়য়ে নখোয়সু চারগা লাকও ঐখোয়না লেকফম লৈফম মতাফবা থিরমগে। লম্বী খঙনবা পামেল উদা থাংনা হক্লমগে থাংখুল য়েংদুনা তাল্লকও হায়রল্লগা ময়াম্বগী কাংবুদি চৎপা হৌখ্রে। মনাওগী কাংবুশিং ব্রাতানৈ। ঐখোয়গী ঙা অসে চাহৈদবা নামুংবা ওইরমানে খন্নরে। খাঙলা তরেৎ লোল্লগা চাক্কা য়েনশাংগা হৈদোক্লে। নোংজুথা য়ৌবদা লৈশৌকাদনা পুঙ ওল্লে হৌজিক্তি খাঙলা পুঙ কৌখ্রে। *(চকপরোন)*

## খাবা কাপনরম নোংচেংহুন্নরম

খাবা কাপনরম নোংচেং হুন্নরমও কৌবদি কদৌনোংগীনো। খাবা নোংচেংবগা কেকে চাওবা মৈল্লেবগা ব্রানচেং অকুমসোয় লেমলৈ অকাসোয়বু সোয়মুন্নঙৈদা। চাওবা সৌবোলঙমবা মপারি লোকপা লাইবনা কৌবা লম্মহন্দা লময়েংয়ে। মসানৌ চাওবা সাংবনা নোংদা চীংখনলাইমরুদা হুতে তেল শাখিয়ে। চাওবা মৈল্লেবা সৌবোল সানৌঙমবনা লীরি থমোয়তিং লাকা তেলমৈলাকনা ব্রায়রা তেলব্রাইথবদি। মালেম লৈদা পাল্লবদি লৈকুলৈরাই কিম্থেয়ে। ব্রায়রা তেলব্রাই অমদি কোংয়াঙ ব্রাদ পাল্লবদি কোংয়াঙ কাংলাং থাং লাংলেল মাপান তুমলে। ব্রায়রা তেলব্রাই অমরকতি পামেল উদা পাল্লবদি তল্লা উরাইকং পামেন উচুঙ তৎলে। ব্রায়রা তেলব্রাই অমরকতি খাবা নোংজেংবাবু লুতুরে। মপারি সংকাই তেলহনবসুঙ মামোম কাঙকম ঈচুপপীসুঙ মখোয় অহুম্মবু ফুংকা লোঙচুমওই খমকোই কারোঙ ওইনা নোংমল্লে। অদুনোংগীবু খাবা কাপনারম নোংচেং হুন্নরমও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*কদৌনোংগীনো - করি মরমগীনো। ব্রানচেং অকুমসোয় - ঙা কুমবা সোয়। লেমলৈ অকাসোয় - ঙা কাবা সোয়। হুতে তেল শাখিয়ে - হু তৈদুনা তেল শাখি। ব্রায়রা তেলব্রাইথবদি - তেল কাপ্পদি। মালেম লৈদা পাল্লবদি - লৈবাক্তা পাল্লবদি। কোংয়াঙ কংলাংথাং - ব্রা কংবা। লাংলেন ব্রাপান তুমলে - ব্রাপান শিরে। তল্লা উরাইকং - উকংবা। উচুঙ তৎলে - উহৌবা ঙমদরে। লুতুরে - শিরে। ফুংকা ... নোংমল্লে - ফুঙ্গা মখোঙ অহুমগুম কারোং লোঙনা শিরে।*

## খাবা লৌতাংখুল

ময়িম লোইবী মখলমাদি খাবা লৌতাংখুল কৌবদি কদৌনোংগীনো । ইয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী শিদবা হেম্ববা নাদববু লৈরিগবরা হায়না খুনথিরকপদা। ইয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী ময়িমনাক হেম্পা মশাইকোন্দা তাংলময়ে। অদুনোংগীবু খাবা লৌতাংখুল ও তৌনা কৌয়ে। মখোয় মরিনসু করম খাবনো অদুনোংগীবু খাবালৌ তাংখুল -ও তৌনা কৌএ। *(পোইরৈতোন খুন্থোক)*

*অতোপ্পা চীংগী খুল অমবু খাবা লৌতাংখুল কৌবদি করিদগীনো। ইবুধৌ চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংগী মফম কয়াদা অশি অনা থোক্লোইদবা খুন্দাফম লৈরিবরা হায়না থিরকপদা। ইবুধৌ চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংমী খুনগী য়ুম অমদা অহিং লেক্লগা চাবা থকপা পুন্নমক তাংলম্মী। মরম অদুগীবু খাবা লৌতাংখুল হায়না কৌই। মবুকচেনসু করমনা খাবনো হায়বগীবু খাবা লৌতাংখুল কৌই ।*

## খাবা সনসেনথোং

মোংবা মদাইমদি খাবা সনসেনথোংও কৌবদি। খাবা সনসেনবগা ঙানবা নহা সনঙাকপগানা। সীংনাংনা থোংখোঙওই খীকলোইনা থোংপাক ওই থোংসাইএ। খাবা সোকচ্রোংবা কংলৈ লৈবাক মপানা। পামেলনা থোংখোঙ ওই তনমু চানেৎনা থোং সাইএ। খাবা সনসেনথোং-ও কৌএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## খাবী কপনিঙচীং লংপা নুংশি চীং

য়োয়পু খোইমোম লাইরেম্মা কোরৌ অব্রাংপীতি তাংখুল শারম নুরাপীপু ওইনা শালওলখিয়ে। চিনফি খানীকনা লাইফি খোয়থোম্না ককচা শমখোমনা কোনঙৌ পনচলশি। লীক্লাই নাথংনা তেংনা য়ৌরুমথোং লৌখোৎ মাঙইননা হাওশম তুংথাংনা লংমাই চিঙঙু চাতাতরপাপু চূপা লৈথেৎ ফানা খাললৈ লৌতায়ে। মশাপি লংমাইনিংথৌ য়োয়রেনপাতি তাংখুল হুয়তোক পাখংপাপু শানা। চয়রৈ য়ুংচিংনা মাললৌ শেনখমনা শরু ফৈথেৎনা চুমপুল লাললৈথেম হুয়রোং, চুমফাচিল। লোললৈ কোকহুপনা কুরাউ ফাললং থাং য়াইরী খাঙথোমনা তাংখুল তোরো লৈখোম থাঙ থাঙলেল চিনীলোঙপাপু নাকতা য়েপনা। তেনতোং নমতা হুল লীরুং শাপাইনানা তাংখুল য়ায়রোঙ নামিপা ফিপু চয়রৈ খাওননা খুৎখাঙ মিতমশিনা হেমপা খুললানপাপু শানা লাকলকয়ে। লংমাইনিংথৌ চিঙশোমপানা পাওমেনখিয়ে। হে য়োয়পুনাই চিঙলেন নাকপক য়ানবী পামেল উশাথানা হাউনা নারোল শাৎপী য়াংকেল থাউপী মরুতৃপনা য়োৎয়া খনতৌনাপী ও। লোইপী খমলাং ইপালৌ হেমপা ইপুলৌপু লৌতাঙামপী নঙপু কনানো হায়না পাওহংপাপু। তমপা মৈপী হানতোংপীনা পাওখুমখিয়ে। হোয়তা তাংখুল হুয়তোক পাখংপা ইপুংঙো তাও ও। ঐতী তাংখুল শারম নুরাপীনে নমু পোংনা তামপানিকিনা মোমনু ইতোম লৌতায়ে থৌরৈ তেংপাংপিলাও ও তেৎনৌ ঙমলুমপীরাও। অঙৌপা খুনতায়ু শিঙকাঙ খনফৈ চয়নময়ু উমী তোনথুম য়ু য়ুঙৌ পুনচা ওনপা লৈয়ু অথুমপাপু লৈয়ে থকমিন্নখিসে। মোমনু অব্রা শোনখৈ নীকলে খাললৈ লৌলুমপীরা-ও হায়না পাওখুমখোনকিপু পাওখুমলকয়ে। য়োয়পুনাই তাংখুল শারম নুরাপী ও ব্রায়রং লমচীক লৌকুমপী শেললোয় নতোম লৌতাপী মোমনু শিঙলেল তাইচাপী ব্রাংলৈ চেপনা য়ুকৌপিও। ঐতি নংপু কতৌপা থৌরৈ তেঙপাংলুসিপানো তেৎনৌ ঙমলুমলোইয়ে। অয়ুম তাংখুল হুইতোক ইপালৌ হেমপা ইপুলৌ অসিকিতমকপু নয়ুম শারম তানাতপাকা অয়ুম তাংখুল হুয়তোকপা মনিল নাইপাকা ব্রাপা খুনথীনাপা চেঙচা

লাললুমনাপাপু লৈপানে। শায়ী লৈতা তান্নরিয়ে তাউপা হুয়রিল থৎনাতারিএ। য়োয়পুনাই নঙপুতুম লাংপল করোঙ খুৎখুমকে লৈকাই পুচালূককুমনা লাংপল অওল লূককুমপাপু ললশিংকে হায়না। উনপী কচক হৌনতি ব্রায়রা শেংকম থোংনা লকা তেনমৈ লাকনা লাপা কমলাক শেংচৌনা কাঙকম য়াতচীকনা তকলৌ শিতংশোননা মিৎয়েং কোরিহৌনা চৈথাকে হায়না তাংখুল কলহৌনীকলাপাপু। অঙৌপা য়ুমলেল লৈমা য়োয়পু তংকাননুপী পূয়তিংব্রাকতি মৈরা ফনীকনাপীনে কচেং নোংথাঙ খোঙওইনাপীনিকিনা। তমপা কোরৌ কূপতুম কুপনা চিনপাল মোইকাই তায়াল মানপানা পাওমেনখিয়ে। তাংখুল হুয়তোক পাখং ঈপুংঙো তাও ও মোমনু ঐসু ব্রায়রং লমচীক লৌকুমতে শেললোয় তোপনা লৌতাতে। মোমনু শিঙলেল তাইচাতে ব্রাংলৈ চোপনা য়ুকৌতে। মুব্রানিংথৌ খুৎথাহে হৈরাঙ নানৌ থোইপীনে। মোমনু নুচানিকিনা ইপলকি খাললৈ অঙলপা লৌনে। পুচেংকোকপা লৌ অসিপু লাংচেং খোনপা লৌনে পানফূক পানফোই লৌনে শিংখা শিংথুম লৌনে চাইন নাফা লৌনে মূমলাং পোপতেক লৌনে। থাঙয়ি অঙললৌ অসিপু মোমনু ঈতোম লৌতাপীনে। য়োৎয়া খনতৌনা য়োৎলৈ নোংথাঙ কুপকুমনা চিঙলেন মনাকহোৎনা পামেল উরা শম্না মালেম লৈঙাঙ মপাক ফূক্রা তেংপাক খারোলতৌ মোমনু খোইমা ইথোক কারকপীনে লাংচেং ঈকারকপীনে। পনথৌ পামাচাকি নমোম শানম ঙাইথিঙতোনকুমপী ঐপু ঈনুং শিলয়োমলাকুমনা নাউব্রা খোয়রী মাকী মোমনু চয়রৈ নাহোংতোন মশেননে। থীকলেল চাইচিমাকি খোমলাং পিশিল চীনতাই মাকি নমোম শানম ঙাইথিঙতোনকুমপী ঐপু করিকি লাংপল করোঙ খুৎকুমকে হায়পানো। হেমপা নতীক নত্তে লোইপী নপা নত্তে হেমপা নতীকনগে হায়রবদি লোইপী নপানাপাতা তিমেল লুমথানা থাঙলেল লুময়াননানা খুৎকুমলুও। নমোম চয়রৈ ফিজি হোংলাতোনকুমপী ঐপু লায়শেংপিও। ইপাম তাংখুল শারমচা পাখংপু পামেল উয়োকথাপা য়াংলৌ লমতাং ফাননা খোইমা নাকাথৎনা লাইথাঙ হুয়মোম শানা তিমেল তানোয় চোংপাকুমপা। তাউপা কাঙতেন শুপা চিঙশাং পনকা থারাউপা, লাংপল খোইয়ু থকপা হাওমল শিংকুপ তৈপা ঙাইরোং শিংকুম শাপা। খরূঙ য়ুঙৈ শেমপা পুকয়ু খোমনিঙ কোয়পা কোকলৌ লীতং ফানপা শারেন লৈতোয় য়াৎপা শংকাই মকোং চেংনা শাকূ ব্রানলোংথননা নিঙকোয় ওৎনা শিঙউৎমিতম লৌনতি। থুমলাং ময়োল শৎনা থাঙচী মিতম তংপা হাওতৈ য়ুমৈ কোককাপা হেমপা থেনপুঙ ফমপা ঈতু শারম হাওপাখং পাখং নমাননপাপু লৈপানে । লাংপল অওল লুককুমপাপু ললশিংনরুও । তনপা নীপা থোকলাপতি খোংফেল মায়োক য়ানা চায়নারুও। হেমপা য়ুমলোয় হৌয়ে ঈতোমমতা মরোংপু লালতাঙমলোই হায়রাপাতি। লৈপূঙ কোয়চালাউপা লমচৎনা লাংপল কোয়চালাউপা লমচৎনা খোইমা লিললা নাথেৎও। তাঙচা লমকাফমনাতি মংশক খুৎকুম তাললুও হায়না পাওমেলপাপু পাওখুমলকয়ে। য়োয়পুনাই শারম নুরাপীও নঙপুতুম ব্রায়রা ঈশানে হুয়েল ঈরাননে। শাপল নাউতু লৈহেকনা লৈরাং তোনতা থেকলাকে। য়েললাং খুতাপ চেলব্রাইনানা কাঙলক নোংতংলেংলাকে খৌনাউ লেনথোঙ লোললাকে হায়না। লাপা মিৎয়েং কোরি হৌনতি লীরী থম্মোইতিং লকা তেলমৈ লাকনা কাঙকম য়াতা চীকনা চৈথাকে হায়না। পীসুম পাকোইলৈ লাপা কপলাক শেংচৌনানা হাওরা ঙানকোক শোনকুমনাতি লুরক কাঙতৈ থিকে হায়পাপু। তমপা অঙৌপা য়ুমলেল লৈমানা তাংখুল হুয়তোক পাখংপা ঈবুংঙো তাও ও। য়োয়পু ঐতি তাংখুল শারম নুরাপীপু ওইনা শালওনপিনে। তমপা থাঙলেন হাইকুপ চেনপী কচেং নিঙথৌ কনপীনে হায়না পাউখুমলাপাতা। অঙৌপা লংমাই নিংথৌ মাললং নোংপোক হুমওইপানা তমপা মৈতিংঙু চনু ব্রাংঙমলোনও ঐসুঙ তাংখুল হুয়তোকপা পাখংতাপুআতি নৎতে। অঙৌপা নিংথৌ কায়নৌ চিঙশোমপা শেললোয় চিঙখোঙ লাকপানে। তমপা হৈনা নতুংইননা মারা নখোঙকুনপু লীরকপাতা তাংখুল হুয়তোক পাখংপাপু শারকয়ে হায়না পাউখুমলাপাতা। তমপা ব্রাংঙমলোন্না অঙৌপা ঈবুংঙো তাওও তাংখুল হুয়তোক পাখংপাতাপু অখা চীকয়ে। লোইপী কচকহৌ হেমপা নুংয়েং চেংপাকিপু শোংকিয়ে

হায়না তমপা হেকঙায় নুংয়েংচেংনা ৱাওইখিয়ে। অঙৌপা লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চিঙশোমপাসুঙ কচেং থাঙকোক চৈশৌনানা নুংওনখিয়ে। অতুনোংকিপু লংমাই খাপী কপনিঙচিঙ লংপা নুংশি চিঙও তৌনা কৌয়ে। *(পাম্থোইপী খোংকুল)*

## খাবী

নোংবাল্লোন নোংমাইনু অহোংবী মপারি ঙাঙোই য়োইমোংবগা মশানৌ য়োইহৈতোন তাউথিংমাংগা মচিল মনাওনা শিংঙুৎ য়ুংদুনা খরাই চাংদোন খন্দুনা লূ থুমদুনা ঙা অকা অকুম থিংদুনা ফারম্মী। নোংমদি মচিল মনাওনা থুম্বা লূ অদু কাইবদা ঙাগী মহুত্তা থরোই নিংখাবীঙাক্তা চংলম্মী। ঙাদি চংদনা থরোই নিংখাবী ঙাক্তা য়াম্না চংই হায়দুনা মফম অদু খাবী কৌনখি। *(লম্মীংলোন)*

## খামশঙ

মৈদিংঙু লাইরেন নাউথিংখোংনা অয়ুক চামায়লাংনা। পুনুংহিয়াঙ্গৈ লৈরাই লৈহুনথানা কুমশাবা। কম্বোং নানৈ থুম্বুম নানৈ চাঙানৈনেনা লংমাই খুল্লানগে লাকলকপবু। লাইরেন মৈদিংঙুনা তাঙজা মশম ৱাইনা ফারৌয়ে লালৱাইও কৌয়ে। লাইরেন থংজিং মখোকলাংনা খামনা ফারে খামশঙও থোন্নেয়ে। *( চাদ লাইহুই)*

*মৈতৈ নিংথৌ নাউথিংখোংনা অয়ুক্কী চাকঙন চারগা চহিগী ওইবা হিয়াঙ্গৈ থাদা লৈরাই মপান্দা লৈ কত্তুনা লৈবাক নিংথৌগী অফবা ওইনবা কুমশারিঙৈদা। থাঙঙা কম্বোংগী নানৈ থুম্বুম নানৈ চাঙানৈনেনা নোংমাইজিংগী খুন্দা লাকপবু নাউথিংখোংনা মশম পায়না ফাহৌই অদুগী লালৱাই কৌই। থংজিং কৌবা উগী চৈখোকনা খামনা ফারে খামশঙ থোনখি।*

*অয়ুক চামায় লাংনা - চাকঙন চারগা। পুনুং হিয়াঙ্গৈ - হিয়াঙ্গৈ থাগী ওইবা থৌরম। লৈরাই লৈহুন থানা - লৈরাই মপান্দা লৈকত্তুনা। কুমশাবা - চহি খুদিংগী পাঙথোকপা লাই - তিন খুকম্বগী থৌরম অমা। লাংমাই- নোংমাইজিং চীংজাও। খুল্লানগে - খুন্দা থুংনবা লাকপা, খুন্দা কোয়গে। লাকলকপবু - লাকপবু। তাঙজ মশম ৱাইনা - মশম পায়দুনা। ফারৌয়ে - ফাহৌই। থংজিং মখোকলাংনা - থংজিংগী চৈখোক্লা।*

## খামেনলোক

শেল্লোয় মদাইমা কাইনৌ মখলমদি লমলেন খামেন লোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো হায়রবদি। লহাননোং হয়িঙৈদা কৌবা অঙাংঙানা য়োইময়াই লাইরেন তাউদনববু য়ুকৌগে হায়না। কোংয়াং খারাশা মৌবী ফোপচন য়ৈনা চরৈ ফি খন। তরা লুকমাইরেম লেমলৈ কিন্দবা ৱানজেং তুপতববু শরেন য়েত্তা পায়। তাউজিং হৈরিশিন অরিববু শমু ওয়দা পায়। য়ুরা থুমথোইবা হাওদৈ অয়াকপবু য়ুরা চেপ্পা ফান্না। য়োইময়াই লাইরেন তাউদনববু ঙাইখৎ পুংজা খামনা য়ুকৌঙামএ। অদুনোংগীবু তাউদনবা য়ুখাম লোকও কৌববু পোইরৈ তাবাথিবনা ৱাংঙম হাইমন তানবনা লংমাই খামেনলোকও তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোল)*

*নোংমাইজিংগী লমদম অমবু খামেন লোক কৌবদি করিদগীনো হায়রবদি। থায়নঙৈ কৌক্রুগী অঙাংঙানা নুমিৎ কৌবা লাইবু থৌনিদুনা কৌথগে হায়বগী ৱানা শগাই শারগা মৌবী ৱাচেংনা ফোপ হাদুনা ফি খনদুনা চাক্লুক শেমদুনা থমলে। ঙা মপুন্না খুৎ য়েত্তা পায় হৈরি অশিনবা মশীং ফারববু ওইদা পায়। অথুম্বা ময়াক*

*কনবা য়ুবু কত্তুনা নুমিৎ কৌবা লাইবু ঙাইহাক পুংজা খামদুনা য়ু পিথক্লম্মী। মরম অদুগীবু নুমিৎ য়ুখামলোক কৌববু মৈতৈগী শৈথাবশিংনা খামেনলোক হায়না কৌখি।*

*লহাননোং - থায়নগুে। হয়িঙৈদা - মমাংঙৈদা। কৌবা অঙাংঙা - কৌক্লগী নিংথৌনি মোইরাংগী ঙাংছনথোক্লী মশু মুহেংনা পোকপনি। অঙাংঙানা মৈতৈনিংথৌ খুয়োই তোম্পাক (খৃ : ১৫৪ - ২৬৪) কী মচানুপী লাইরোকলেম্বী লৌখি। য়োইময়াই লাইরেন তাউদনববু - নুমিৎপু। য়ুকৌগে - ইরাৎ থৌনিজগে, পীজ পীথক্লে। লেমলৈ কিন্দবা য়ানজেং তুপতববু - ককতরিবা ঙা মগুম। য়ুরা - য়ু। হাওদৈ - য়ু। য়ুরা চেপ্পা ফান্না - য়ু কত্তুনা। ঙাইখৎ - ঙাইহাক। য়ুকৌঙাময়ে - ইরাৎ থৌনিজনবা , পীজ পিথকনবা কৌরম্মী।*

## খারংপা হিথেল

চাইরেল খারংপানা য়াকয়ৈ হিরাই চৎপাতা। তোংচেং মৈনাওননা থাংলমএ। খারংপা হিথেলও থোননৈএ।
***( তোরৈরোল লম্বুবা)***

*চাইরেনগী খারংপা কৌবনা হিরাইবা চৎপদা হিনাউনা লৈরাইরোমদা ওনশিন্দুনা থাংলম্মী হায়বগী খারংপা হিদেল থোনখি।*

## খালতোময়া

মরিং খালতোময়াও কৌবদি। মায়িম লোইবী মারেমনা চীংখোঙ পোইরৈতোনগী মরন মথুমবু খান্না য়ানাঙাময়ে। খালতোময়াও কৌয়ে। ***(পোইরৈতোন খুম্বোক)***

*খান্না য়ানাঙাময়ে - মমল পিদুনা লৈখি।*

## খাল্লে লৌচিংজেং

শেল্লোয় মদাইমা লংমাই চীংশামদি অসাইঙৈগী মমা তমপাক লৈহৌনুচা লংমাইপায়বং লৌথিবনা লৈরাই মুংবীথক্তা লেমলৈ ঙাবুপৈনা। শেল্লোয় লংমাইগী মরন মথুমসুং পোইরৈ মৈতৈগী মরন মথুমসুং মুৎনা খান্না য়ানরে। অদুনোংগীবু খাল্লে লৌচিংজেংও তৌনা কৌয়ে। ***( নোংমাইজিং চীঙোইরোল)***

*নোংমাইজিংগী লমদম অমদি ঙসাইগী তমপাক লৈহৌনুগী মচা পায়বং লৌথিবনা লৈরাই অতোঙবা মথক্তা ঙা পৈদুনা থল্লগা , শেল্লোয় লংমাইগী মরন মথুমগা মৈতৈগী লন থুম পুল্লমক্কা ওন্নরে মরম অদুগী খাল্লে লৌচিংজেং কৌই।*

*মুৎনা খান্না - লোইনবা লৌবা, খোৎখোৎনা লৌবা।*

## খাংপোক

হাওতন মদাইমা য়াংলৌ লমতন অমদি। হাওলৈশং পীতোংনু নুফাবীনা কোরৌ নোংশামৈবু য়াইঙমদবগী। লাইরেল ইশাবী ও (মৈতেংঙু কাইনৌ ইরেংবা) নদাইরেম ঐবু হুমাং লাইজ ঈবু ঈহৌরকয়ে। খোয়মা নরোংন্নুংদা অৱা লমতনখিসে হায়না পাওমেল য়াগী। লাইরেল মাশাবীনা চানা লমশঙশঙয়ান্না তৌরাং খাংপোকশানা খল্লময়ে। অদুনোংগীবু খাংপোক ও কৌয়ে। ***(থাঙরায়রোন)***

*হাওভন লমগী পোংথাকম লম্বী অমদা হাওলৈশং পীতোংনু নুফাবীনা নুংশাগী মৈশা খাণ্ডবা ঙমদবগী, ইশাবী মৈতৈনিংথৌ ননাই ঐদি হুমাংনা ইশা পুম্বা চোংলে উরুমদা ঙাইহাক পোখাখিসি হায়জরম্মী। মথংলেন মৈতৈ নিংথৌনা নাপীনা কুপ্তুনা খাংপোক শঙ খল্লম্মী। মরম অদুদগী খাংপোক কৌখি।*

*কোরৌ নোংশামৈবু - নুমিৎকী মৈশাবু। য়াইঙমদবগী - মৈশাদা লৈবা ঙমদবগী। কাইনৌ ইরেংবা - খৃ: ৯৮৪-১০৭৪ দা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ। হুমাং লাইজ ঈবু ঈহৌরকয়ে - হুমাং শৌরে, হুমাং য়াম্না শৌরক্লে। খোয়মা নারোম্নুংদা - নাপী মরুমদা, উরুমদা। অরা লমতনখিসে - অরা পোখাখিসে। চানা লমশঙ শঙয়াম্না - লমলক্তা নাপীনা কুপ্তুনা শাবা শঙ মচা। তৌরাং খাংপোক শানা খল্লময়ে - তৌ লাংনা শঙ খল্লম্মী।*

## খিকমৈ

ঙারু ফেংমৈও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহালনোং হয়িঙৈদা খাবা তৌওৎনা য়াংবা ফামনা হায়গে হায়ঙমদঙৈ। অৱাং কোরৌ নোংমাববু তুবি লোনচৎননা শালথুপঙৈ। ময়িম লোইবী মনিল নাইবনা তরা চিপুংপৈ ৱাংলৈ পাক্তকনা সারেল সাময়োন লেমলৈ ঙা মরুবু পুনা য়াংলৌ লমখাংমদা থৌদু নুংমাইসিৎ খুনিঙ খুয়া ফেংনা ঙাইখমলমএ। অদুনোংগীবু ঙাইফেং ও কৌববু ময়িম লোইবী মচেৎমনা লোল্লাং পাখংববু খিক্লা চোইনা পুরুমঙম এ হায়বগী খিকমৈ ও থোন্নে এ। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*ঙারু ফেংমৈ কৌবদি থায়না খাবা কাংবুবু চৈখায়দুনা তানখোক্কে হায়ববু ঙমদরিঙৈ। অৱাংবা চীংদা নিংথৌনা লোত্তুনা লৈরিঙৈ, নুঙাই য়াইফনা পানবা চীংমী কাঙবুনা চেং চাক শা ঙা য়ুনচিংবা মরাংকায়না পুরক্লনা লম্বী লমখাং অমগী নুংপাক্তা খুনীং খুয়া ফেংনা ঙাইরম্মী। অদুদগী ঙাইফেং কৌববু চীংমী খরনা লোল্লাং পাখংববু খিক্লা মচোই মচোই খুরুম্লম্মী হায়বগী খিকমৈ থোনখি।*

*খাবা - খাবা শলাই। তৌওৎনা - ওৎখায়দুনা। য়াংবা - খাবা শলাই। ফামনা হায়গে হায়ঙমদঙৈ - তাষ্কোক্কে হায়বসু ঙমদরিঙৈ, চোইনা তাহনবসু ঙমদরিঙৈ। তুবি - নিংথৌ। লোনচৎনা - খণ্ডহন উহন্দনা। শালথুপঙৈ - লোত্তুনা লৈঙৈ। ময়িম - ময়ুম। তরা চিপুংপৈ - চেং পৈবা। ৱাংলৈ - য়ু। খিক্লা - চাইনা। চোইনা - তোঙাম্না, মচোইনা। লোল্লাং পাখংবা - পাখংবগী মিং অমা।*

## খুকা

হাওরৈ নোংচুপ খানা পাংপালম খুকাৱো কৌপাতি কতৌনোংকীনো। তুপি মপা পামাচা পলেম মমা পিমাচা পামা মচল থিংনাউ তাউপীনা মচি লাইরেন তাউরোইনাইপু য়ুকৌঙৈ। কুকি অহোঙপাকী মাঙসোক লাইথংপাতা সনকোন নাইকোল সানা লনকুইয়ে। ফমলেন খা থংপাতা কোল-লীক সেনচাউ চীংকা পৈনা লনকুরমলাপাকা। তুপী সাৎমাপা লাইরেল য়েকমাপা মথিংলাইরেলপানা তুপী মঙাইরোই লাইরেল য়িহীসাং পুমনামাকা। চীংলক লাইচা অখূপা কুকি মচীংসাংপু য়িননা কাখিয়ে। অতুনোংকিপু খুকাৱো তৌনা কৌএ।
***(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*নোংচুপ খা পাংবদা লৈবা লমবু খুকা কৌবদি করিদগীনো। লাই ওইবা মপা মমা তিন্নবা মচল ইবেম্মা থিংনাউ তাউপীনা মবুং লাইরেন তাউরোইনাইবু চাকৌদুনা খুরুমজঙৈ। কুকি অহোঙবগী মাঙ্গোল অৱাং থংবদা শলগোন নাইকোল শা- বীরম্মী। ফমমেন মখা থংবদা কোল লীক শেলজাও মপৈ অমা পিবীরম্মী। মপা মবুং ওইবা*

*লাইরেল তাউরোইনাইনা মরুপ মপাং পুম্নমক্কা ঈশিং চেঙ্করকপা চীংলক্কী লোক অথুবা মতুংইন্না কুকি চীংশাং য়ৌনবা কাখি। মরম অদুগী খুকা কৌখি।*

*তুপি - লাই। পামাচা - মপা অমতগী মচা। পিমাচা - মমা অমতগী মচা। য়ুকৌঙে - চাক্কৌঙে, থৌনিজঙে। মাঙসোক - য়ুমগী অৱাংথংবা নাকথরোমগী শরুক, ফম্মেনগী অৱাং থংবা। লাইথংপাতা - অৱাংথংবদা। ফমলেন - ফম্মেন। লনকুইয়ে - লন পীয়ে, থৌজানবীয়ে। লনকুরমলাপাকা - লন পিবিরমলগা, থৌজানবীরমলগা।*

## খুজাইরোক

(১) খ্বাই কেক্রুনা হায়বা মতুংইন্না চরাইরোংবা নিংথৌগী সনা ফমজাওদা। লৈপাক মীয়াম্না কোয়দুনা য়েংবদা লম্বোইবা অমা লৈরমলে। লৈপাকনা কোয়দুনা ফারগা নোংপোকলম পুদুনা হাৎলে। গোসাইরোক কৌববু মতুংদা খুজাইলোক কৌএ। ***(মিয়াং লারৈ লাথুপ)***

*খ্বাই কেক্রু - চরাইরোংবা ( খৃ : ১৬৯৭ - ১৭০৯) নিংথৌগী মতমদা লৈরম্বা মৈতৈ পণ্ডিত।*

(২) মহারাজ গরিবনিৱাজ মচা ইবুঙো অজিৎশাইনা তাম্বোক্তুনা অৱাদা চেনখ্রবদা। সনাহল মরামবা (অজিৎশাই) নিংথৌনা মপা ইবুংঙো অৱাদগী থোরক্লে তারদুনা। মনাও ইবুংঙো তোলেন তোনববু কৌদুনা হাই। হে ইনাওতোল নংনা নহাকপম থারোইনে, কোইজাম্বা হিদংনে, অয়াহনবম হোংবনে, ইরোইবা লানজিংবনে, সোরোকখাইবম সেল্লুংবনে মখোই অসি য়াওনা তেঙ্গোল পুদুনা নংনা চৎতুনা ইপা ইবুঙো কৌরু হাই। অদু তারবদা মনাও ইবুঙো তোলেন তোনবনা অকল অথৌ পুদুনা মপা নিংথৌ কৌরুগনি চৎলে। অসোমদগী চৎখিবা মীশিংগা খুজাইরোক মপান্দা ওকনরে, গরিবনিৱাজগা লোইনবা শ্রীসান্তিদাস কৌবা গোষাইবু লোকপাল অদুদা খুৎলাইনা থাদুনা হাৎলে। মরমদি মানা ইনশিনদুনা ইপা ঙাওহল্লবনি। গৌরিয়া চৎপা হাইদুনা ৱা য়াম্না থোক্লে মরম অদুনা শাওদুনা হাৎলে। মরম অদুদগী লোক অদুগী মমিং গোষাইরোক (খুজাইরোক) কৌনখি। ***(মনিপুর ইতিবৃত)***

(৩) সান্তিদাসপু খুজাইনা থাদুনা হাৎলি হায়বদগী খুজাইরোক কৌনখি হায়নৈ। খৃষ্টাব্দ ১৭৪৮ দা গরিবনিৱাজনা মজাইবুংঙো অজিৎশাইদা ফম্বাল শিন্নরে। মতম অসিগী থৌদোক পুম্নমক খল্লুবদা অৱাবগী মশকনি। মহারাজ অসি কোনুং থাদোক্তুনা রামশালাদা লৈরে অদুদগীসু অমুক নকমল্লি নিংথৌ অনি পানমিন্নবা হৌনদে হায়রে, অদুনা থাঙ্গদা লেংখ্রে, থাঙ্গা লেংবা অসি কুম্বাবদদি খ্বা য়েংবনি হায়, মহারাজনা মপান ফরিঙৈদা থাঙ্গাদা খ্বা থারমই মাদু য়েংবা লেংবা ওইনা থোকহল্লি । থাঙ্গদগীসু অজিৎশাইনা তাম্বোক্তুনা অৱা তান্না লেংখ্রে। মহারাজ অৱাদগী তন্না লেংথোরকলে হায়বা তাদুনা অজিৎশাইনা মীথাদুনা মহারাজবু তোম্ফাংহিদেন মপান দা মাংহল্লুরে। মহারাজগী থৌগন তৌজেম্বা মজাইবুংঙো শ্যামশাই, কিশোরশাই, বামোন ৱারিলিবা হঞ্জবা মপা মচা, মোইরাং ললহাম্বা কতৱান অসিনচিংবা ব্রহ্মন, নিংথৌমচা, লম্বোইবা, অঙম অথৌনচিংবা মী ২০ মরুম লোইনা হাৎলে। ***(মণিপুর ইতিহাস)***

*চৈথারোল কুম্বাবা - "শক ১৬৭২ ... কালেন ১৭ নি লৈপাকপোকপাদা রামনগরদগী অঙোম য়ুমফমদা লৈএ ... হিয়াঙ্গৈ ২৯ নি ইরাইদা থাঙ্গদা ক্বা য়েংবা চৎলে। নিংথেম চিংশাই মহারাজনা মপাবুং ইবুংঙোবু*

*তন্না তাম্বোকএ। অরাদা চংখিএ। ... শক ১৬৭৩ হিয়াঙ্গৈ থাদা অরাদগী হনলকএ হায়বা তাদুনা নাহাকপম থরোই, কৈক্রনবা হিদং, অয়াংহনবম হোংব, ইরোম লানচিংবা, মখোই ৪ বু শিখিদুনা নিংথেম্নু লাকহলএ। পোইনু থা লংমাইজিংনা হললে। ২৬ নি য়ুমশকৈশদা গরিবনিৱাজ মহারাজনচিংনা মচা ইবুংঙোহন শ্যামশাই, কিশোরশাই, বামোন ৱারিবা হঞ্জবা মপা মচা ২ মা , ব্রহ্মন রাম কৃষ্ণ ২, লম্বোইবা লোকদাস, মোইরাং ললহাম্বা কম্বান মনাও কৈদা হঞ্জবা মনাও শেলুংবা অঙোম চন্দ্রমনি, নাওরোইবা শেলুংবা, নিংথৌখোংজম কামদেব, নিংঙোম্বম শ্যামরাম, ৱাংখৈ মাইমু কৈদা হঞ্জবা তখেন লম্মু লাইরেন তুমবা অসি পুমনমা লোইননা তোনফাংহিথাখেন ব্রহ্মপুএ মপান্দা লিলা ওইএ। তননা য়ুহারাইএ।"*

## খুতৈ

হেমপা মাদাইমবু খুতৈ ও কৌবদি। চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লাংওল্লকপদা লোইবী মচেৎমানা থৈনা লৈঙাময়ে খুতৈ ও কৌয়ে। ***(পোইরৈতোন খুম্বোক)***

## খুনচাপাৎ

হৈরেম খুনচানগী চায়োম থোকফমদি খুনচাপাৎনে। চারম থকলমবাগী হুন্দোক্লম্বাদো শারোই লাইয়াম পুম্ন মকনা খুন্দনা চাহৌই হায়বগীদমক খুনচাপাৎ কৌয়ে।

*লম্মীংলোন অসি লৈহাওথাবমগী লৈখিদ্রবা ক্ষেত্রি : তোমাম্লো ককচীং লাইথগোল লৈকাইদা লৈবনা অরিবা মৈতৈ ময়েক্কী খুৎই ওইনা শিন্নবীরম্বনি। হৈরেম খুনজানগী কোনুং ওইরম্বা মফম ককচীং মনুংদা অসুম্না তাকই : "হৈরেমগী কোম্নুংদি পৎতমরামগী য়ুমফম অদুনে। খুনচানগী কোনুংদি য়াইমাপোল্লগী য়ুমফম অদুনে। অঙাও অফৈবা মরৈরোম্বা খোঙতেক মিংতাওগী তিনফমদি পোঙপী চন্দ্রমনিগী য়ুমফম অদুনে।"*

*লাইশোন্দা - "খুরায় নংনা লাইনা কনবীরমও । হৈরেম নংনা লেমনা থম্বীরম ও । খুনচান নংনা চানবীরম ও। উয়োক নংনা য়োকপি ও। সম্নুম নংনা পূমনা কনবীরম ও। হাওতকনা নমা হায়বদি খুনচাপাৎনে। লোক্তাকনা নমা হায়বদি ইকুম নিংথৌগী পাৎনে। খোং অহনবনা পাবোং হায়বদি খুল্লাকপা লৈখামনা লৈরিবা অদুনে। খঙ ও।" অসুম্না ককচীংগী অকোয়বা মফমসিংগী লম্মীং তুম্মীং থাবদা হৈরেম খুনচান লৈরম্বগী ৱা পল্লি।*

## খুনজান চীং

শেল্লোয় মদাইমা ৱাইরং অল্লা চীংলেন মখলমদি হেম্বা খুনজান চীং ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। হৈরেম কাংহৈনিংথৌ খুনজান থোংগন তেলহৈবনা কবো থেংঙৈদা। কবো অল্লা য়াগা চাইনা খুনজান লমচল্লমএ। অদুনোংগীবু শেল্লোয় হৈরেম চীং খুনজান লমজন চীংও কৌববু। পোইরৈ তাবাথিবনা ৱাংঙম হাইমন তানবনা ৱাইরং খুনজান চীং ও তৌনা কৌএ। ***( নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোল)***

*নোংমাইজিংগী লমদম অমবু ৱাইরং অল্লা চীংলেনবু খুনজান চীং কৌবদি করিদগীনো। হৈরেম কাংহৈ নিংথৌ খুনচান থোংগন তেনহৈবা অনীনা কবো লান্দাঙৈদা কবো অল্লা চাইখায়দুনা হৈরেম খুনজাননা লোই চল্লম্মী । অদুগী নুমিত্তগী নোংমাইজিংগী লম অদুবু হৈরেম খুনজানগী লমজন চীং কৌববু।, মৈতৈ ৱাহৈ ৱাতা হৈবনা ৱাইরং খুনজান চীং কৌখি।*

## খুনতিনপী চীংনামুং

খুনতিনপী চীং নামুংব্রো কৌপাতি কতৌনোংকিনো । লোইতাম থাচা পাখংপা কোংয়াং মচয়সুপু লোইতাম খুয়োন থারাপাকী। ব্রোইনামলুং মপুংয়ায়তা সতু চীংলাইঙাল হেমপাথেনপু ঙালনা ফেনথারকপাপু। ব্রোইনামলুং লয়মাপী হাউনু কাসননুনা খুলহৌনানা থাচা পাখংপা কোংয়াং মচয়সুপু চয়রেন ব্রোইনা। ব্রোইনামলুং লাংলেন ব্রাককমাপু কোংয়াং মচয়সুপু পালোইনানা। কেকে লমতা কুম মোইরাং তমতা তারকএ। ব্রোইনামলুং লয়মাপীকী কোংয়াং মচয়সুপু কেকে খোয়রী নামোইয়াংনা পাখং সংকাই য়াইনম মখুৎসুকা লোইমোম ফৌরুকনাপাতা খাললৌ এ। নামোই মথোঙচিনতা চয়সু ফৈনা ঙাপাপু য়াংলৈ তাউপা মহুইচানা কাললাপাতা তাউপা খোঙকাপ সানতানা নোংমললে। কেকে লীচা মোইরাংপাচানা কংলৈ মসুমমাঙতা ফেনথোকলাপাপু কোংয়াং মথননা ব্রাপানফা লোকলৌ সোয়রেন হুললকএ। তেকপি ব্রোকনা ঙারাপাসুং তেকপি ব্রোকলাইতা। য়াংলৈ তাউপা হুইনা সোকলাপাসুং তাউপা হুইরাই চঙনা নোংমল্লে। কাওরেন সলনা ঙারাপাসুঙ মানপি সললাইতা। নমু পোংনা কোংয়াং ব্রাকক মফৈমাপু কাললাপাতি। খোঙকাপ নাউরৈমাপু থাংকে থাংঙমতানা কোংয়াং নমঙানানা লুতুই এ। কেকে থাঙঙা মরয়কায়না ব্রাপু লালপু চাউনা সাংনা পোরোঙ পোরাং থোকনা হায়নখিএ। অতুনোংকীপু কেকে থাঙঙা মরয়কাইনা। কোংয়াং মপানতাউ লোকলৌ সোয়রেন ফূকনা লাপনা ফেনথোকলাপাপু। খুনতিনপী চীংনামুংতা কোংয়াং ব্রাপালফা লোকলৌ সোয়রেন হুল্লকলে। লোইতাম থাচা পাখংপা মরোয় ব্রাইরংচানপু কোংয়াং চৈসু কাননা তুরম এ। অতুনোংকিপু য়াইতুপিব্রো কৌপাপু কেকে তাফাথিপানা মোইরাং হায়মন তানপানা খুনতিনপী চীংনামুংব্রো তৌনা কৌএ। ***(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*কোংয়াং মচয়সুপু - ব্রাগী চৈশুবু। খুয়োলথারাপাকী - নাম্বোক্তুনা তারবগী। ফেনথরকপাপু - তারকপবু। খাল লৌএ - লৈহৌই। মথোঙচিন্দা - থোঙজিন্দা। নোংমললে - শিরে। লোকলৌ সোয়রেন হুললকএ - উনৌ চোংলকই, ব্রানৌ চোংলকই। ব্রোকলাইতা - ওক লাইচং লাক্তুনা শিবা। হুইরাই চঙনা- হুইদা লাইনা চঙদুনা নাবা । লুতুই এ - শিয়ে। ব্রাপু লালপু চাউনা সাংনা - ব্রাথোক অচৌবা ওইদুনা। পোরাঙ থোকনা হায়নখি এ - ব্রা কম্না ঙাংনখি। ফেনথোকলাপাপু - হুন্দোক্লববু।*

## খুনবী মৈয়েঙ চীং

খুনবী মৈয়েঙ চীং ও কৌবদি চীংখোঙ পোইরৈতোনগী মদাইরেম খাম্বী মৈপুববু নোংমল্লে। খাম্বী মৈয়েঙ চীংও কৌয়ে। খাম্বী মৈয়েঙ চীং কৌববু খুনবী মৈয়েঙচীং কৌনখি। ***(পোইরৈতোন খুম্মোক)***

## খুনুথেম

শেল্লোয় মদাইমদি নয়ুব্রা চীংখোং পোইরৈতোন মমা লৈনুং পিয়াইনুচা খোংফাং অতোনবনা। পোইরৈ শিদবা ব্রাংঙম নাদববু খুনথিরকপদা। মমা পুচেংলৈনাউবীচা লাংলেন কোংয়াং ব্রাখুনু চীংশোং লমলৈমবু পোনজেং লাইচমনুংদা। লাইজ ঈওকখোং অমা তৈনা শেম লোইমোম ফৌকোৎ তৈনা খিল। খুনু মালথিক তেরা উশা খানফৈ তোংববু থেমলময়ে। অদুনোংগীবু লমলেন খুনুথেমও তৌনা কৌয়ে। ***(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)***

*নোংমাইজিংগী লমদম অমদি নবুথৌ চীংখোং পোইরৈতোন মমা লৈনুংপিয়াইনুগী মচা খোংফাং অতোনবনা মৈতৈ লমদা শিরোই নারোইদবা অফবা খুন্দাফম থিরকপদা খুনুপোন মনুংদা থক্রা চানবা ঈশিং- ফৌ হাপ্তুনা*

*তেরা উফৈদা তোংবা খুনুবু চগুলক্কুবা থেমলম্মী। অদুগীদমক লমদম অদুবু খুনুথেম কৌখি।*

## খুনু পুমথিৎপান

খুমনগী য়াইথিংবনা খুমন নিংথৌ ওইদবিঙৈ মৈতৈগী লমদা লোৎনবা চেনলকপদা। শাইরোং পান্দম চুম্না লাংলেন কোংয়াং ব্রাতোনগী চীংশোং লমলৈমা খুনু মাম্থিক তেরাবু থিনফুরৌয়ে। খুনু পুমথিৎ পান-ও তৌনা কৌয়ে। ***(খুমন কংলৈরোল)***

*খুমন য়াইথিংবনা খুমন নিংথৌ ওইদবিঙৈদা মৈতৈ লৈবাক্তা লোৎনবা চেনলকপদা শাইবোং মপা চুম্না কাপ্পদগী ব্রাতোন্দা তোংবা লমখুনুবু পাল্লে। অদুদগী খুনু পুমথিৎপান কৌখি।*

*মৈদিংগু অয়াংবা শরিচোংবা (খৃ : ৮২১-৯১০) না খুমন লৈবাক নিংথৌ পান্দ্রবদা, খুমন নিংথৌ কোকপগী মনাওনিপা য়াইথিংবা মৈতৈদা লোৎতুনা লৈববু, অয়াংবানা শিন্দুনা খুমন নিংথৌ হাপখি।*

## খুনুহাই

মপল কোবৌ হুইমুলৈমা চাগা। থারৈ কোনপীচাকা। মমোম সাকা লৈমাকা। লাংলেন কোঙয়াং মৌবী উঙাম ঙামচাউ তোংনা খুনতারকপাতা। তুবেল মুংপী থাংথৌয়াই হনপ্র পাংথকতা। মমা পুচেং লৈনৌপিচা খুনু মানথিকতোং চিংশোংলৈমপু। খমনৌ মচয়ঙাকনা হাইথাখিএ। লমলেন খুনুহাই ও থোনবৈ এ। ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*হুইমু লৈমগী মচানে, থাবৈ কোনপীগী মচানে, মচানুপী সাকা লৈমনে মৌবী ব্রাগী উঙাম তোংদুনা খুন্দাবকপদা তুবেল মপান্দা হৌবা শীংনাং লৈবাই হমবু মথক্তা তোংবা খুনুবু চৈঙাকনা হাইথখি হাযবগী লম অদুবু খুনুহাই থোনখি।*

## খুনুংশৈ

লমলেন মদাইমা খুনুংশৈ কৌবদি। চীংখোং পোইবৈতোন্না মপারি খাইনা য়াম মমোম তোকনা হকলবগীদমক। চীংখোং পোইবৈতোন্না মমাইবা খাবা লাংথচানা খুনুং পাউতাকএ। য়াইথোং শাহুল্লে হাওশি মংথিল্লে ব্রাংলেন পুংহৌএ য়াইথোঙ নানম শক এ। অদুনোংগী লোইবী খুনুংশৈ ও তৌনা কৌএ। ***(পোইরৈতোন খুম্বোক)***

*চীংখোং পোইরৈতোন্না মচানিপা নুপী খাইনবা য়াম্লবদগী পোইরৈতোনগী মাইবা খাবা লাংথচানা অশিবগী পাউ চেল্লে। অশিবা পোৎলোইনবা পুং ইশৈ শক্তুনা মংদা থিল্লে। নুমিৎ অদুদগী চীং অদুবু খুনুংশৈ কৌখি।*

## খুবীপোক থম্বাল নোংশারৌ

লাইরেম্মা অতোনবী থম্বাল লৈমনা নিংথৌ মুংয়াং চাউববু নোং খাঙনা মখোঙ খোঙবীবু মখুৎ খুবীনা থেক্লা ঙাইরময়ে। খুবীপোক থম্বাল নোংশারৌ কৌয়ে। ***(চীংলোন লাইহুই)***

## খুমু লৈরিপা হোঙনেমপুং

কেকে খুমু লৈরিপানা খারী লয়খোঙচু চামলৌ লাফম ফা। হাওতৈ য়ুনৈ হৌ সারেন ফাহাপনানা হোঙনেমঙৈ।

কেকে মমাইপানা লোনহায়না লৈতে ব্রাহায় খুমতানা হোঙনেমলাপাকী। খোইয়ম মথৌচাল চীংঙু মরলকুপু ফংনানাপাকীপু কোরৌ লনসাপোৎ পুমনামাপু ব্রাৎপা লৈতনা মরয়রকএ হায়পাকী। খুমু লৈরিপা হোঙনেমপুংও তৌনা কৌএ । *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মোইরাংগী খুমু লৈরিপানা ময়াক কনবা অহাওবা যু শা নচিংবা চান থক্লবা অব্রাৎপা লৈতনা মরাং কায়না পিজ্ল পিথকতুনা অহোঙ কুম্মৈ তৌবদা মোইরাংগী মাইবনা লাইনীং পরৈ চেৎনা ব্রা ঙাওদনা মীনা হায়বা হংবা খুমদনা থৌনিজ্জদুনা কুম্মৈ মতোল লোল্লম্মী। লাইগী থৌজাল ফংননবগীদমক ইরাৎ থৌনিগী পোৎলম পুন্নমক লৈদুনা পুরকই হায়বগী খুমু লৈরিপা হোঙনেম পুং কৌই।*

## খুরাই

নয়ু তুবী য়োইরেনবা নোংদা লাইরেন পাখংববু মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ খুভম শেম্বীরমলগা মপা গুরু শিদবনা নমু তাইবং কনা উদ্রিঙৈদা লোন্না থুপ্পা শানথুপ্পা লোৎলগে খল্লদুনা অখুবা মফমদগী গুরুনা থোরকপা অদুবু নমু তাইবং মীশিংনা ইরাই লাইনা উখিরম্মী হায়বগী মফম অদু খুরাই কৌনখি। *(লম্মীংলোন )*

## খুরায় লম্মপাক

অঙৌবা নিংথৌ তোরা পনম নুমিৎথোক্লুম চুনবনা। ইমোম মৈতৈলৈমা নোংবাল্লোন খম্বাফাবী। ইথোইরোক্কী শায়াফাবী ইমুরোক্কী খম্বাফাবী। ইহাংলোক্কী কৈরেন হৈবী পানবা পৌনমথোইনা কৈরেন হিংফোইনবী। পোইরৈ লোইদাম মনুং ওইরে কোংলৌ লমখৈশে শাবন লমদাইসে। মাল্লেম লৌতৈ চীংনুংশি হেম্বা থব্রাই লম্মহন্দা পানবা হৈ। তাংখুল মরৌ লোকলেনমদা ওংবা হৈ। হৈরাং শুংদাই মঙায়াৎপা হৈ তাউজীং খোকসুং নারোংবা লৌতৈ হৈনৌচোমবু। তাউজীং মপান ফারে তাউজীং হৈচেন্নসে হায়না য়াহৌববু। মমোম মৈতৈলৈমা নোংবাল্লোন খম্বাফাবীনা হোয়দা ইদু নিংথৌ অঙৌবা নিংথৌ তোরা ও। লৌতৈ লমনা তাম থব্রাই লমনা থাপএ কদৌবা তাউজীং হৈচেন্নগবনো য়োয়বু চুপ্পুথোই লাইবু ব্রাংনা ব্রাকনখিএ । মদু অঙৌবনা ইমোম মৈতৈ লৈমা চকলাই তোনেম ঙম্বী। তাংখুল অওমতু নুমানববু কাইনা হুনবীও নবান লোনয়ুম য়ায়বু তৈকুনুসে। লৌতৈ চীংনুংশি থব্রাই লম্মহনগী তাউজীং পোন্দাইরাক পোনজেং লাইচম খন্না। নুবুংঙো শেল্লোয় চীং লংমাই কাইবি ব্রাশৌবা লোইখোং ব্রারোইচীং য়াওরৌ শাপৈথেন্দা তাউজীং পোন্দাইবাক পোনজেং লাইচম খন্না হৈরাঙ লুথোঙশেমনা ঙাইখমঙামগে। ইমোম মৈতৈলৈমা নংদি য়োয়বু নঙাইরোই য়োইহৈ নফেৎলোই পোইরৈ খুনচনু তয়ুম নাই চনু পূমনা হুপনা ঙাইরোইনরক ও। ইপাম শেল্লোয়না মিকৌনা ইদু লংমাইনা তেংথানানা লম্বীবু মুংবী থোংবু তিংবী ও কৌদবরা। মুংবী লমলাই মাসুং পাকনা ফাল্লো। থোংলেন তিংবি মাসুং ব্রাংনা শাও। ইদু অঙৌবা নংগা য়োইহৈ ইঙাইরোই শংগন ইফেৎলোইশিংগা চৎনসে। থোংলেন তিংবী অমসুং নেমনা শাও অদুদি পোইরৈ খুন চনু তয়ুম নাইচনুবু লান্নসনো হায়না। মদু অঙৌবা খুরায় মঙাইরোইনা মুংবী লমলাই পাকনা ফাল্লে। অদুনোংগীবু খুরায় লম্মপাক লমনুংশি ও থোন্নে এ। নোংবাল্লোন খম্বা ফাবীনা শেল্লোয়চীং লংমাইগী হৈরাঙ লুথোংপুনা তাউজীং হৈচেন্নরকঙৈ চীংঙম কানিংদা য়ৌঙম তন্নিংদবগীদমক লংমাই লোকলম ইন্না চৎলকএ। অদুনোংগীবু লংমাই লোকলম অচনবাও তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোল)*

## খুরোয় লৌসোয়রেন শোয়রেন চাপীলোক

(১) লমলেন খুরোয় লৌসোয়রেন সোয়রেন চাপীরোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো। পুরাং নাকাবা মপারি

হংকেল লোংনা থাবী কুপা তেলঙাঙবা লৌনঙ য়াইমবা সিঙনং অতোলবগনা। খোমলাং চাম্ম য়াল মাইরং চাম্ম য়ালনা ব্রাংলৈ লৌখোংতৈনা হোঙনেমঙৈদা। হাওদৈ কোক্তাকা য়ুপা তোনঙমনরবগী সমু মখোঙ লোয়রে। অদু নোংগীবু খুরোয়ও কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মপারি - মচানিপা । হংকেল লোংনা থাবী - নুপী অনী লোনবী। খোমলাং - খোংক্রুম, খোম। হাওদৈ কোক্তাকা - য়ু ঙাওবা। য়ুপা তোনঙমনরবগী - য়ু ঙাওদুনা হাইরবগী, নোল্লবগী। সমু মখোঙ লোয়রে - মখোঙ থাঙবা থোক্তরে।*

(২) লমলেন খুরোয় লৌশোয়রেল শোয়রেল চাপীলোকও কৌপাতি। খোইমোম লাইয়িংথৌ হংকেল লোংনা থাপা মপারী কুপা তেঙাঙপা লৌনংয়ায়মপা শীংনং অতোনপকা। খোমলাং চামায়ান মায়রং চামায়াননা তরা চাপু চীংপুঙ পৈ ব্রাংলৈ য়ুপু লৌখোংতৌনা হোঙনেমঙৈ। তরা চানাঙম ব্রাংলৈ য়ুনাঙম হাওতৈ কোক্তা কারবগী শমু মখুতোনপু লোয়রে। খুরোয় লৌশোয়রেল শোয়রেল চাপীলোক ও তৌনা কৌএ। *(উমংলাই খুন্দা)*

*খোম্লাং চামা য়ান - খোংক্রুম চাম্মা য়ান্না। তরা চাপু চীংপুঙপৈ - চেং চাক্লা চীংশানা পৈবা। ব্রাংলৈ য়ুপু লৌখোংতৌনা হোঙনেমঙৈ - য়ু মরাংকায়না থল্লগা লৌখোং তৌদুনা হরাও কুম্মৈ তৌবা। তরা চানাঙম - চাক হেঞ্জিন্না চাবা। ব্রাংলৈ য়ুনাঙম - য়ু হেঞ্জিন্না থকপা । হাওতৈ কোক্তা কারবগী - য়ুনা কোক্তা হাইগত্তুনা ঙাওরবগী। শমু মখুতোনবু লোয়রে - মখোঙ থাংবা থোক্তরে।*

## খুরোয় হাওরা লুমলাংতোঙ (লমলাংদোঙ)

লমলেন মদাইমদি খুরায় হাওরা লমলাংতোঙ নাপুবা লৌথোংচাও থোংচাও লাইরুক লেমবা। লাইমৈখু কুমনলম লাইব্রাংলা তলনারম থোংচাও খারোকরেমবা মারৌমাঙ ও তৌনা কৌবদি কদৌনোংগীনো। কাওরেল কোনতে লাংনুবীকা কাওরেল সলয়াঙথকতা কেকে মোইরাং নাপুপানা সমু মখুকলু অনিমবু খুরু খুতপনন্না তোংনা কারকয়ে হায়বগীবু। খুরোয় হাওরা লুমলাংতোঙ নাপুবা লৌথোংচাও থোংচাও খারুক লেমবা মারৌমাঙও তৌনা কৌয়ে। *(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

*লমদম অমদি খুরায় হাওরা লমলাংতোঙ নাপুবা লৌথোংচাও থোংচাও লাইরুকলেমগা লাইমৈখুনা কুমনরম লাইরাংলা তন্নরম থোংচাও খারোকরেম্বা মরৌমাঙ কৌবদি কবিদগীনো। শল কোনতে লাংনুবীগী শায়াঙথক্তা মোইরাং নাপুবনা খুকউ অনীমক থুপচিল্লগা তোংদুনা কারকই হায়বগী খুরোয় হাওরা লুমলাংতোঙ নাপুবা লৌথোংচাও থোংচাও খারুকলেমবগী লৌমমাঙ কৌই।*

## খুরোয়বা তিল্লাংখম

ময়িম সেলোই লংমাইনা হাওকপ চীংশাংথেং খুলফম ঙাংচেংনিন থাঙঙা য়ৌখান থেংলুবগী মারান ওন্দেরকপদা। মৈতেংঙু উরাকোন্থৌবনা থিঙলৌ পনচললে লাবাতুকুম পলকোইরে। ময়িম সেলোই লংমাইনা চীংদা কানা চেল্লবদি থুমনাও কোকপাকপীচা ফাকুম ফানরে। য়েলনাও য়াঙসংপীচা তালকুম তালনরে। মাওবী পোঙসঙ য়ান য়েনতেম থারাম সোইকুমনা মেতাক লমসল ওই মংলক লালনা য়ানকুম য়ান্নরে। লংমাইনা তমদা তানা চেনলবদি সাপী লাইতাঙপীচা ফাকুম ফানরে। সেলোইনা খোয়মা নাদ চঙনা চেনলবদি লাংবল কাওরেল সল লৌচঙবা লোইমোম পোমসঙ সায়বা য়ৈকুমলে। ময়িম লংমাইনা লাইজ ঈদা কুমনা চেনলবদি।

লাংবল ঈকা ঙা লেমলৈ অহুকপা ৱানচেং আহাবা ফাকুমলে। সেলোয়সিফা নিকলে। সেলোই অমলবা লংমাই অকেমবগী সমু মখুতোল মসেল কারল কারল তিন্নরে খুরোয়পা তিল্লাংখমও থোলয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*হাওকপ চীংশাংথেং - হাওকপ চীংশাং লান্দারুবা। খুনফম ঙাংচেংনিন - খুনফম ঙাংচেংদা লান্দারুবা। মারান ওন্দেরকপদা - ময়ুম হল্লকপদা। মৈতেংঙু উরাকোন্থৌবা - খৃষ্টব্দ ৫৫৮-৬৫৮ দা পাল্লম্বা মৈতৈ নিংথৌ। মংলক লাললনা য়ানকুম য়ান্নরে - মঙগুম শিবা কিনদনা য়ান্নরে। লাইজ ঈ দা কুমনা চেল্লবদি - ঈশিংদা কুমদুনা চেল্লবদি। লাংবল ঈকাঙা - লাংবল থাগী ঈশিংদা কারকপা ঙা। লেমলৈ অহুকপা ৱানচেং অহাবা - চংফম চেনফম লৈতরবা ঙা। ফাকুম ফানরে - ফাবগুম ফারে। সেলোই অমলবা লংমাই অকেমবা - নোংমাইজিংদা লৈবা মীশিংগী অশিবা হকচাং। সমু মখুতোল মসেল - খোঙ খুতোল অমগা অমগা। কারল কারল তিন্নরে - য়েংশিন্নরে।*

## খুয়োন পুমলৌখা থোপচাউ খরোয়মাঙ

নয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ য়াইপি পনলোই তানপানা। কেকে হারেপকে মোইরাং ঙাংঙোই হাথাকে হায়পাকী মালেম লৈসেমপাপু। কোরৌ নুমিৎ মঙানি সুরাপাতা মপল খোইয়ম লাইয়িংথৌ অৱাং পাখং য়োইরেনপাপু পাউ থেমচাখিয়ে। নপারি ঐনা কেকে লয়সেমপাপু ঙাংঙোই লয়রেপ ফারে । কোরৌ নোং অমবু মালেম লয়তা তানা মিৎয়েং সানখৈপিরমলা ও হায়না পাউথেমখোনকী। চীংঙু নোংথৌ সরারেন অৱাং পাখং য়োইরেনপানা কোরৌ নোংমতোল খোইয়ম লাইরৈপাকতাকী মালেম লৈতারকলে হায়তাপারা। মপারী নোংথৌ খোইরী নাৱা খোয়তাং সিকপানা। য়াওরৌ কাংক্রুকসা পুমনামাকা লেমলৈ ঙাৱা ঙাপুমমাকা। খরাই লুথোংথকতা হাপনা য়াংলৌ লমখাঙমাতা থোংলেন তিংপীথকতা য়াওরৌ সাপু লাননা লমওকঙাময়ে। লেমলৈ ঙাৱা অমতি খরায় খুথোংমাপু লাইচা য়িতা তারাপাকী ৱানচেং সুচানম ঙাৱা পুমফৌলোননা লাইচা য়িপাকথকতা তাউখৎলকয়ে। অতুনোংকীপু খুয়োন পুমলৌখা থোপচাউ খরোয়মাঙৱো তৌনা কৌয়ে।

*(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## খুৎথেকপী

(১) লুৱাং নাহা য়াওসু তালবনা য়াওরৌ তুংইল তাল য়াংদৌ শারম লীরকপদা। লাংগোই মখুনেৎতগী মালেম লৈদা তারে। সমু মখুৎ তেকলে হায়বগী খুৎতেকও থোলনায়ে। খুতেক থোনমরকতি লাহালনোং চীংঙু নোংথৌ সোরারেল অৱাং পাখং য়োইরেনবগী মমোমলোন খোইমোম লাইরুরা তরেৎমাদগী মসানৌ লৈরাং অতোলবীবু কেগে মুংয়াং চাওবা য়ুপাৱাইথংলিপানা কোরৌ সেলচঙনা ৱাংবল পাইচঙননা খামলৌরবগী। মসাবী খোইমোম লাইরুরা তরুকমানা ইসানৌ লৈরাং অতোলবীবু লাকতরে হায়না সমু মখুৎ মসাথেকনা ঙাইরময়ে। অদুনোংগীবু খুথেকপী লমনুংসিও তৌনা কৌএ। *(মোইরাং লৈকোই পুং)*

*লুৱাং নাহা শাদানবনা শাগী শারম লীদুনা শাদাল্লকপদা। শগোল মথক্তগী লৈবাক্তা তাদুনা মখুৎ তেক্লে হায়বদগী খুৎতেক থোনখি। খুৎতেক হায়না অমুক থোনবদি। থাইনা অরাংবদা লৈবা সোরারেনগী মচানুপী তরেৎতগী ইতোন তোনবীবু মোইরাংগী মুংয়াংচাওবনা খামহৌরবগী মচেম লাইরেম্বী তরুকনা ইনাও অতোম্বী লাক্তরে হায়না মখুৎ মশাথেক্লা ঙাইরম্মী। অদুদগী খুৎথেকপী লমনুংশি হায়না কৌখি।*

(২) শেল্লোয় মদাইমা লংমাই লোকখনমদি য়োয়বু তম্ফা লাইরেম্মা পান্থোইবী শমু খুৎফাংতোনবু থেকনা

ঙাইরমএ। অদুনোংগীবু খুৎথেকপীও তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চিঙ্গোইরোল)*

*নোংমাইজিং লমদমগী লোকখন অমবু পাঙ্গোইবীনা মশাবী নোংপোক নিংথৌবু লাকপরা হায়না মখুৎ খুৎশা থেকনা ঙাইরম্মী হায়বগী খুৎথেকপী কৌখি।*

## খুৎপী নেৎথাতেন তোংয়ায়খায়

নাওতা অতেক অনৌসোয় খুৎপী নেৎথাতেন তোংয়ায় খায়ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লোইবী অতাসিসোনবা শিন্নৌ লুরেনতোনগা অতে চাখাবা চীংনুংসারৈলানা য়োইচানবগা শেৎনা খাইনা চেন্নরমএ। অদুনোংগীবু খুৎপী নেৎথাতেন তোংয়ায় খায় ও কৌএ। *(লুৱাংলোন খোং কুন)*

*য়োইচানবগা - চানবীবগা। শেৎনা খাইনা - তোঙান্না। চেন্নরমএ - হেক্লম্মী, লা হেক্লম্মী।*

## খুৎপীপোক

খুৎপীপোক কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহাননোং কোরৌ অখোং নিংথৌবা চনু ৱাংবল অরাই লৈমনা। সনা পুল্লাং লুরোইথোংনা লাইচা পাসানানা সানতেংলময়ে হায়বগী। চোয়নৌ সনা পুনথোংপাল লয়ময়ায় ৱাংবল অরাই লৈমরোক কেগে ঙাইতে লৌকোননুং থমবাল নোংসালৌ লয়য়িতাউ নুংনন খুৎপীপোকও তৌনা কৌএ। *(মোইরাং কংলৈরোল)*

*খুৎপীপোক কৌবদি থায়না সোরারেনগী অখোং নিংথৌ মচানুপী অরাইলৈমনা সনাবুন কোক্তা পুদুনা ঈশিংদা ইরোইদুনা শান্নরম্মী হায়বগী সনাবুন পুবা লম অরাই লৈমগী লোক মোইরাং ঙাইতে লৌকোননুং থম্বাল নোংশালৌ লৈইতাউ নুংনন খুৎপীপোক কৌই।*

## খেকমৈ

শেনবী মখনমদি চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংবুরোই লাংওল্লকপদা মতৈলৈমা লৈনাউতাবীগা খেকনা তাওনা হায়নরমএ। খেকও কৌববু খেকমৈ ও তৌনা কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্ফোক)*

*খেকনা তাওনা - নোকখেনা হরাওনা চৎপা।*

## খেনতাওপুঙ তাওপুঙ

সঙদিংঙালবী নারুম কাঙবীনা মপাম থাংঙা ৱারকলম মদু কমবোং ৱাতেমলম। থাংঙা অমুকোই কমবোং অঙৌকোইনা মমোম নোংয়াই খুমল লৈমবু ঙাখা খুৎতময়ে হায়না পাওতাকৱাই। লমলেন খেনতাওপুঙ তাওপুঙ লম্মহন ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। হয়িঙৈ থাংঙা তেংথানা কম্বোং মীকৌনা নুঙবু খেনও কৌয়ে। মোইথাপপু মমোইরেঙও কৌয়ে। নুঙখেন্না তুমঙৈদি মমোইথাপ মমোইরেঙনা তাওয়ে। মমোইথাপ মমোইরেঙনা তুমঙৈদি নুঙখেন্না তাওয়ে। অদুনোংগীবু লমলেন খেনতাওপুঙ তাওপুঙ লম্মহনও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মপাম - নুপীগী পোক্রফম য়ুম নত্রগা লম। থাংঙা ৱারকলম মদু কমবোং ৱাতেমলম - থাংঙা কম্বোংগী নিপাশিংনা ৱারক ৱাতেমদুনা ৱায়েনবা মফম। ঙাখা খুৎতময়ে - ঙাগী চাং খুৎনা তমদুনা তাকই । তুমঙৈদি - লুপলবদি, লুপঙৈদি।*

## খেবুচীং

লমলেন ইরং থোংঙাইপান থোংনাং খেবুচীংও কৌবদি কদৌনোংগীনো। থোংনাং কাংতাপাই লৌনাইদবনা ব্রাকয়ে হিয়ানবদা তোংচেং নৌখপলৌ খমনৌ ঙারেল চিঙ্থোং ব্রাকয়ে মচিচঙ মরাং উকুহন হিয়াঙ নাপালথোং তৌজহৈতবগী উনৌ খোঙচাসম ঔরি লীয়াই নোপচহৈতবগী ব্রাকয়ে মখুনেৎপু সমু লেংদা থোংনা পুরকয়ে। অদুনোংগীবু থোংনাং হিপুচীংও তৌনা কৌববু পোইরৈতাবথিবনা থোংনাং খেবুচীংও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*ইরং থোংঙাইপান থোংনাং খেবুচীং কৌখিবদি। ময়াং কাংতাপাই কৌবা লৌথুপ লৌকোই লৈতবনা হি শানবা উ য়ানবদা, ঙারেন মচিনগুম শাগদবা হিদু মচিচিঙবদগী উদু হন্দোক্লগা হিবান নাইহনবসু হৈতরে। উনৌ উরীনা থৌরী শেমদুনা পুল্লগা চিংবসু হৈতবদগী হি শানবা উদু লেংবান্দা পুরকই। মরম অদুদগী থোংনাংহিপু চীং কৌববু মৈতৈ অশৈবশিংনা থোংনাং খেবুচীং কৌখি।*

## খৈয়োইরোন নিঙথিবী ইনচিংখোং

কংলৈ মদাইমদি খৈয়োইরোন নিঙথিবী ইনচিংখোং চেংপী লৈমা খোংলেলয়ায় লাইপা উঙামথাব চৈপৌতোরালসুব খোংলেলয়ায় কৌবদি কদৌনোংগীনো। য়োয়পু খৈয়োয় নিঙথিবীনা লাইজ ইপাকথক্তা তিল্লাং হাইসিংননা লেমলৈ ঙামিকৌ ইনফুই মায়রংসোন হংকেল তাইকঙলাক্লা লৈরাই মুংপীথক্তা লেপ্লে ঙাচোপ থেমঙাম্ববু। খোইমোম লাইপা উঙাম থাবদি চৈপৌতোরালসুনা লাংলেল উঙাম ঙামচৌতোংনা। চৈপৌ তোরালসুনা লৈকু সেংসৌননা লাইপা উঙাম থারকপদা। লাইজ ঈমিহৌয়ে লেমলৈ খেরাংথাংব ব্রালচেংকপোক পোকপা ঙাব্রা খুপুনচোংবা পেঙপা লুকাববু। লেমলৈ নিঙতেনা লৈকুলৈরাইনুংদ কাউসুম কৌরানুংতা সালথুপখিয়ে। লেমলৈ খেরাং থাংদরব ব্রাগীবু য়োয়বু খৈয়োয় নিঙথিবীনা ব্রাওইখিয়ে। লাইপা উঙামথাব নংনা চৈপৌ তোরালসুনা লাইজ ঈমি হৌরবগীবু ব্রালচেং কবোক পোকতরে ঐদি লেমলৈ চাসীৎ ফংলরোইয়ে হায়না ব্রাওইখিয়ে। য়োয়বু খৈয়োই নিঙথিবী ব্রাওইখোলগীবু খোইমোম লাইপা উঙামথাবনা লৈরাই মুংপীথকতা য়ারেন খোংচি মতাই কাঙনা পাউখুমখিয়ে। য়োয়বু খৈয়োই নিঙথিবীও নংনা লেমলৈ চাসীৎফংদব লুকলাং মনীং কোয়দবগী। থংলেল ননেমমচা লোয়য়ম ঙালব নাহা মাঙন থোংঙাইব লাল্লোয় মীঙাথোন অতিংঙাবু হায়হৈব সারেল মীসুংলাং অরেমববু য়েনহৈব খমচিঙকোল হায়হৈবনা ঐবু হাওই ঙালব ব্রাতাথীরঙেনে। য়োয়বু খৈয়োই নিঙথিবীও ঐদি লেমলৈ খেরাংথাং পেঙপা লুরোয়কানাপাবু থৌখামগে হায়না চৈপৌ তোরালসুববু চৈরৎখিয়ে। লৈরাই মুংপীথক্তা খোইমোম লাইপা উঙামথাবনা ইনখোঙ পৌরাপায় য়োয়বু খুজেং হংজিলাক্ল থাপী মতাং তেনববু ঙাইখমখিয়ে। অদুনোংগীবু য়োয়পু খৈয়োই নিঙথিবী ইনচিংখোং চেংবীলৈমা খোংলেলয়ায় লাইপা উঙামথাব খোংলেলয়ায় ও তৌনা কৌয়ে। *( মৈতৈ কংলৈরোল)*

*উঙামথাব - উ ময়াম পুনশিল্লগা ঈশিংদা তাউথহল্লকপা, উ খাবক লাক্লুনা ঈশিংদ থাদরকপা। তিল্লাং হাইসিংননা - তিন থ্বা লাউনা শিংপা। লেমলৈ ঙামিকৌ - ঙা লাক্লবা কৌবা। ইনফুই ... তাইকঙলাক্লা - ইনচিংদুনা । মুংপীথক্তা - লৈরাই মথক্তা। ঙাচোপ থেমঙাম্ববু - ঙা লাক্লবা হোংনরম্ববু। লাইজ ঈমিহৌয়ে - ঈশিং ইপোম চাওই। ব্রালচেংকপোক পোকপা - ঙানা কবোক পোকপগুম চোংবা। ঙাব্রা খুপুনচোংবা - ঙাব্রা কৌবা ঙানা পুন্না চোংবা । সালথুপখিয়ে - লোংখি। লেমলৈ খেরাং থাংদরবব্রাগী - ঙা মোংদুনা*

*চোংফম্দরবগী। চাসীং ফংলরোইয়ে - চারা ফাররোই, চাবা কোন্ননবা ফাররোই। হাওই - হৌরেল। ৱাতাথীরঙেনে - শাওরগানি। চৈরংখিয়ে - লেপাখি। থাপী মতাংতেনবনু - নুমিৎ তাবনু।*

## খোইচু লৈমোনপান

চাকথা মানথাচা লানচু মীনামুং লেরা মীরাংচানা লম্বান খোইথিরমএ। খোইচু লৈমোনপান কৌএ।
*(লুৱাংলোন খোংকুল)*

*লম্বান খোইথিরম এ -লম্লক্তা খোইমহুম শাফম থিরম্মী।*

## খোইজুমান

লমলেন লোকলৌ খোইচুচুম থাংতেক খোইচুপালও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নুংবান লুৱাং খ্রাঙখোইনুচাগা কেগে মোইরাং উরা থংপীহলগা কাইপী লৌসঙথকতা থাঙই লীহৈঙাকনা লোইমোম লীহৈ সঙমানয়ে। সেললোই মাপাতাও লুৱাং খ্রাঙখোইনুচাকী লাংবল খোইরাবা মতীনহুৎ তৌদ্রি খোলনুংশিবা মখুৎসু চকমোম খামবী মৈথোঙ তরুক হুৎপাপু। কেগে থংপী লীৱাহননা মোইরাং মপুঙওয়ায়দা পাখং লৈবুংয়াকানা খাংচেল পোংবৈননা তোয়নরুরবগী তৌদ্রি খাঙতপ পোপলবগী ফকলাং লোনচানুংদা লোননা থেৎলবগী। লুৱাং খ্রাঙখোইনুচানা সেললোই ইপাতাও কেগে থংবী লীৱাহন ও। লাংবল তৌদ্রি ইখুৎসু পেনা নুংওনববু লৈতরে হায়না পাওহংববু। পাথৌ পেনা নখুৎশু লাংবল খোইরাবা মতীনহুৎ চকমোম খাম্বী মৈথোঙ তরুকহুৎপা তৌদ্রি নুংশিবদি ফকলাং লোনচানুংদা লৈয়ে হায়না পাওতাকখিয়ে। লুৱাং খ্রাঙখোইনুচানা তৌদ্রি খুৎতা পায়না খোংলুববু তৌরেল খাঙতপপোপলবগী পেনা তাংথৎ নাইরে হায়বগী য়াইবী মনুংহৌ তিললাং মখোই সাওনা ৱাতাথিখিয়ে। পাথৌও নংনা কেগে চাওবা পুঙদা পাখং লৈপুঙ য়াকানা লৈকাই খাংচেল পোংপৈনারুরবগী তৌদ্রি খাঙতপ পোপলবগীদমক পেনা তাংথৎ নাইরে হায়না ৱাতাথিখিয়ে। কেগে থংপী লীৱাহন্নসুঙ পাথৌও নংগী তৌদ্রি নখুৎসুবু অয়িম কেগে চাওবাপুঙ মোইরাং সাংবায়ায়দা পাখং লৈপুঙ য়াকানা লৈকাই খাংচেল পোংপৈনরুদে হায়না ৱাকনলবগী। তৌয়িগুম পাথৌও কেগে নপালাই মোইরাং নপুলাই থাংজিং কোয়রেন লাইনা চুমসুনো নুংবান ইপু লাইনসুঙ খঙসুনো। হয়েংকৌবা নোংকাসোয় লোয়য়া তমবু ঙাললরবা মানলং হুমহুম লেঙদবা অয়ুক চিঙখৈ লৈনাহুল খাকীলিকলা চোইনা কেললবদা চিঙয়া খোইচু তোলরোঙপীচাবু কমপী মৈগাহৌ ৱাইসেংফামনা হাপ খোইচু তোললোঙইকনা ৱাচুমনসে। মৈখু নোংলোনকাবনা কেগে নপুঙওয়াইলমদা খোয়রবদি পাথৌ নংনা পৈয়ে। নুংবাল ইপুঙওয়াইরম খোয়রবদি পাথৌ ঐনা পৈয়ে খঙনসে হায়না। চিঙয়া খোইচুতোলরোঙ ইকনা ৱাচুমনববু মৈবি তানকোইপাই মৈখু নোংলোন কাবনা কেগে চাওবাপুঙ লমদা খোয়খিরবগী। মোইরাং থংবী লীৱাহননা তাংজ মরুলুকনা পাথৌ নুংবান নাপা লাইনা চুমলকয়ে মাইমৈচিন ওনলরোইয়ে। কেগে চাওবাপুঙ মোইরাং সাংবায়ায়দা পাখং লৈপুঙ য়াকানা লৈকাই খাংচেল পোংপৈনারবগী তৌদ্রি খাঙতপ পোপলবা মহাকনে হায়না হোয়য়ানারে হায়বগীবু লোকলৌ খোইচুচুম থাংতেক খোইচুপাল ও কৌববু। পোইরৈ তাফাথিবনা খোইচুমান ও তৌনা কৌয়ে। *( মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

## খোইতোংপাল

নোংয়াই খোইতোংপাল ও কৌবদি। থিঙপাই নোংমাঙবনা মমোম খায়োয় লাইতোংখু শাফবীবু শায়বা ফিয়ালনা

তিংখং খোঙচঙনবা ৱাগী। পানবা মাঙথানা কৈরেন তুংইন্নরকয়ে নোংয়াই্ নিংঙোল থংপাচানা পানবা থনুংথিংনা চৈবীরে। মোংবা খুল্লম ইন্না তাওথরকপবু থৌবাল কাংখুচা অচলবনা ৱাতাথিখিয়ে। চিঙখোঙ পোইরৈতোন্না খুনথিঙে হাওনু শোলমোই তাওবী মরারিং খোংবাল চিথেক লাতারেঙ নমঙৌবা ককলু লুহেঙলাদ য়োমলকখোই খোইয়া খোঙতাঙবা হয়িং পেংলোইনাইবুদি নোংয়াই তেংথাননা খোইও কৌয়ে। খোইয়া লোঙচুমনা মাকে হাথননা য়াওজঙমলে। অদুনোংগীবু নোংয়াই খোইতোংপাল ও থোন্নয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*নোংয়াই - খুমন। খোইতোংপাল - উচিৱাগী লমদা লৈবা লমদম অমা। শায়বা ... খোঙচঙনবাৱাগী - খোঙদা তিংখংযুবা, নুপী নিপা নুংশি নুঙোন্না হৈরাং চামিন্না, লৈরাং চিনমিন্নবা ৱাগী। পানবা মাঙথানা - কৈনা মাঙ থানা, কৈনা হান্না। কৈরেন তুংইন্নরকয়ে - কৈনা তুংদা ইন্নরকই। থনুংথিংনা চৈবীরে - খুৎলাইনা মবুক ফাওনা থিল্লে। মোংবা খুল্লমইন্না - তুরেল মরিন ইন্না। ৱাতাথিখিয়ে - শাওখি। খুনথিঙে - খুন্দাফম থিঙে। মরারিং - থাবা, লিংখোকপা। খোংবাল ... লুহেঙলাদ - হোংঙলা, পানখোকলা। য়োমলকখোই - য়োমলকপা খোই। খোইয়া ... পেংলোইনাইবুদি - মখোঙ তাঙবা হয়িংবুদি। খোইয়া ... য়াওজঙমলে - মখোঙ চোম্না হয়িংনা পত্থ পুমথববু চারমই।*

## খোইনাই তাইপিলৌ

কেকে ৱোকনারেল ঙাংঙোই থংনারেলকীপু খোইনাই তাইপিলৌও কৌপাতি কতৌনোংকিনো। কৌপারেল অঙাংঙা মপারি খুয়োল য়োইথোকচাউ থোকচাউ অহনপানা। মেনতে লিসিংখা মেননোং নুংকাই চীংকী কেকে খুনকুমলক মোইরাং খুনতারকঙৈতো। কেকে মপাচা মসেনপু অথেংতু খুয়োন য়াংপা মসিঙখায় মসেনপু মেননা তাইনাখিএ। অতুনোংকিপু খোইনাই তাইপিলৌৱো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মোইরাংগী ওকনরেল থংনরেলগী লম্বু খোইনাই তাইপিলৌ কৌবদি করি মরমদগীনো। কৌক্রুদা পানবা অঙাংঙাগী মচানিপা থোকচাউ অহনবনা মেন্দে লিশিংখা মেননোং নুঙ্কাইচীংদগী মোইরাংদা খুন্দারকপদা মোইরাংগী মপা মচাগা অমগা অমগা উনদুনা থেংনদুনা পুক্রীং লৈতানা লৈমিন্নখি। মরম অদুদগী খোইনাই তাইপিলৌ কৌখি।*

*কেকে ... থংনারেলকীপু - মোইরাংগী ওক্ররেন থংনরেনগী লমদম্বু। কৌপারেল অঙাংঙা - কৌক্রুগী নিংথৌ অঙাংঙা। অহনপানা - মচা অহনবনা। কেকে ... খুনতারকঙৈদ - মোইরাংদা লাক্লুনা খুন্দারঙৈদা । মপাচা - মপা মচা। মসেনপু - মখোয় অমগা অমগবু , মহৈ মহৈবু । অথেংতু - থেংনদুনা , উনদুনা। মসিঙখায় - মখোয় মশেল। মেননা তাইনাখিএ - পুক্রীং লৈতানা লৈমিন্নখি, ৱারী তৌনখি।*

## খোইবু হুইরিন থৎনপুং

মোংবা মদাইমদি খোইবু ৱাংগোই মনিল নাইবনাপাললমঙৈদা। লোইবী ইপাচা হেমবা ইয়েললুসিংও। ৱাবা খুনথিনা চেঙজা লাননংনকুনুসে হায়না। সরী মখৈফং নামুং মতোল লোমনা কোরৌ নোংবু সোননঙৈদা। য়াংলৈ তাউবা হুইরিন থৎনরমএ। অদুনোংগীবু খোইবু হুইরিন থৎনপুংও থোননৈএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*মোংবা মদাইমদি - তুরেল খোংবান অমদি । লোইবী ... ইয়েললুসিং ও - চীংমী ইপা ইচা শাগৈ নাতৈশিংও। ৱাবা খুনথিবা চেঙজা লাননংনকুনুসে - ৱা মপা চানা চানা হায়নদুনা খৎনগনুসি। সরী ... সোননঙৈদা -*

*হৌনবা লাইশোন শোন্দুনা ব্রাশকপা, সোরারেনবু পন্দুনা ব্রাশকখৈদা। য়াংলে তাউবা - হুই। হুইরিন থংনরমএ - হুইগী মরিন থত্তুনা ব্রাশক্ররমই।*

## খোইমোম লাল

তমপা ৱাংঙমলোন খাপী লেংনাউমোমপী অঙৌপা মশাপিকি মারা মখোংকুনপু ইন্তাল্লকয়ে। তমপা তুপী ঙাংয়েক চনুনা হুয়মাঙ হুয়তাল লাননা। হাওরৈ খানা পাংপারমতা মাললং ফেনচি ওইনা খমকোল নোংলৈ ওই খোইমোম লাইপু ওইনা লানখিয়ে। অতুনোংকিপু খোইমোম লাল ও তৌনা কৌয়ে। ***(পাম্হোইপী খোংকুল)***

*পাম্হোইবীনা মপুরোইবা নোংপোকনিংথৌগী লৈফম থিরকপদা লাইগী মচানুপী পাম্হোইবীনা হুয়মাঙ হুয়তাল লম লানথোক্লগা খা মায়গৈদা নোংলৈ নুংশিং ওইদুনা লাইরেম্বী ওল্লগা লানখি। অদুগীদমক মফম অদুবু খোইমোম লাল ও কৌই।*

## খোইরিসুম লাংখৈ

খোইরিসুম লাংখৈ কৌবদি । তাওরোইনাইনা খুমনসুঙ তাক্লমলে মোইরাংসু তাকলমলবগা খাবীগী লাইরম ইন্না লাকলে। লাইপাখং তরেৎমা লাইরুবা তরেৎমানা ওকঙাময়ে। তাওরোইনাইনা লপখাদগী হুলথোক্লুবদা মফি শুমলমলে। অদুগীদমকপু খোইরিসুম লাংখৈ কৌয়ে। ***(লম্মীংলোন)***

## খোকমৈতাক

কেকে খোকমৈতাক মোইরাং লৈখুলফাও অচনপাও কৌবদি কতৌনোংকিনো। কেকে মোংয়াংচম মনিংথৌনা কংলৈ মশুমাঙতা খোল্লাং তায়িৎপা খেরে তা চনপাতা। তুপী হীথোকপা লাইরেল হীফাওববু মিৎয়েং সানখৈবে। কেকে মুংয়াং চাওবনা তিমেন মখুৎশুনা চৈপীরে। তুপী অঙনপাকা থাংচীং মখোক লাংকা তাওখৎলকএ । অতুনোংকিপু কেকে খোকমৈতাক মোইরাং লৈখুলফাও ও তৌনা কৌএ। ***(য়েনলোন)***

*খোল্লাং তায়িৎপা খেরে তা চনপাতা - তাখোক্তা তা পানশিনবদা। তুপী হী থোকপা লাইরেল হীফাওববু - মতিক ময়াই লৈবা লাইবু।*

## খোকলাং তাঙা পুং

খোকলাং তাঙাপুংও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহাননোং লুৱাংনাহা য়াওসা তানবনা চকমোম ঙমখাইলৌ য়াওরৌ সাপান লোকলবদা। নিংথৌ মুংয়াংচাউবা য়ুপান য়োইথিংলিবা লোইয়মচাবু অহোঙ থাংজিং অরাই চীংতোন তোংবনা। তরা চাকহোঙগে ৱাংলৈ য়ুকৌগে সারেন সাহোঙগে হায়না অহোঙ পুংথোনঙমবদা। পাথৌ লুৱাং নাহা য়াওসা তানবাও নংবু লাক ও। নিংথৌ মুংয়াংচাউবা ঐগী অহোঙ পুংথোনবা তরা চাহোঙবা অসিদা সারেন ফাহাপনানা ৱাংলৈ চারী লয়খৈগী হাওদৈ অয়াকপাবু তংখিয়ো। তরা চামায়োনসুঙ চাবিয়ো হায়না পাউকৌঙম এ। পাথৌ মুংয়াংচাউবা লোইয়মচাবু অহোঙবাও তরা নচাক চাবসুঙ হাউএ সারেন সাসুঙ হাউএ ৱাংলৈ নয়ু থকপাসুঙ হাউথোইএ হায়না পাউমেনববু। পাথৌ লুৱাং নাহা য়াউসা তানবাও ৱাংলৈ অয়াকপা হাউদৈ কোককায়ু খারি লয়খোঙ চুবদি থকখিরোই এ। সমু নখুৎওইনা ৱাংলৈ য়ুমেৎপাদি করিনো হায়না পাউমেনববু। হোয়দা তাউচিং অতোইবনে হায়না পাউখুমলবদা। লুৱাং নাহা যাওসা তানবদি ৱাংলৈ

অয়াকপা হাওদৈ কোককায়ুনা য়ুবা তোনঙমনরবগী থাঙলেন নামৈয়েপপসুঙ মালেম লয়দা তারৌএ। খোকলাং মনুং চঙসুঙ লাংলেন কোংয়াঙ রাপান মাতা থিংলৌ অমরক নিঙনা তেনা লৌখিয়ে। তিমেন মখুৎসু ঙারমএ হায়বগীবু খোল্লাং তাঙাপুং ও কৌএ। *(মোইরাং কংলৈরোল)*

*চকমোম ঙমখাইলৌ য়াওরৌ সাপান লোকলবদা - লমমৈ থাদুনা শা ফারবদা। অহোঙ পুংখোনঙমবদা - হরাও কুম্মৈ তৌদুনা পুংখোনবা। তরা চাহোঙবা - মীয়াম তিন্দুনা চাক পিজবা। সারেন ফাহাপনানা - শা হাপ্তুনা। রাংলৈ চারী লয়খৈগী - চান থক্লবা য়ু অরৈবমখৈ। হাওদৈ অয়াকপাবু তংখিয়ো - ময়াক কনবা য়ুবু থকখো। তরা চামায়োনসুঙ চাবিয়ো - চাক্রেনসু চাবীয়ু। পাউকৌঙম এ - কৌরম্মী। হাউদৈ - য়ু। কোককায়ু - কোক্তা হাইগৎতুনা ঙাওবা য়ু। খারি লয়খোঙ চুবদি থকখিরোইএ - চাক্লচিংবনা শেমদুনা খরি ওন্দুনা ময়াক লৈরবা য়ুবু থকলিরোই। সমু - হকচাং। নখুৎওইনা - ওইথংবা খুৎনা। য়ুমেৎপাদি - য়ুদা খিকথবদি, য়ুদা তোংশিনবদি। তাউচিং অতোইবনে - হৈ মচেৎনে, হৈ মশুংনে। য়ুবা তোনঙমনরবগী - য়ু ঙাওরবগী। থাঙলেন নামৈয়েপপাসুঙ - থাঙতুংদা য়ানবসুঙ। মালেম লয়দা তারৌয়ে - লৈবাক্তা তাহৌই। খোল্লাং মনুং চঙসুঙ - মখুৎশু তাসু। লাংলেন - রা। কোংয়াঙ - রা। রাপানমাতা - রাপান অমদা। থিংলৌ অমরক নিঙনা তেনা লৌখিয়ে - অমুক হল্লক্লনা লৌখি। তিমেন মখুৎসু ঙারমএ - মখুৎশু তাবু ঙারম্মী।*

## খোল্লাং মনুংচঙ

পলেম মমা কাইরংবসু লিনগোইগী খুরায় ঙারেন পাম্বগা। পলেম মমা মেন্দে লুখ্রাবী লিনগোইগী নোংয়ায় তোংবু অথৌবগা। কাওরেন লাইথেংনা মানবী চীয়েনা খোকলাং পমশীৎনা তিমেন তা চায়নবদি। নোংয়ায় তোংবু লুখ্রাবীচাগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি। খুরায় ঙারেন পাম্বদি অচোংকন্না মাংলৌ তুরৌ তুরে। খুরায় ঙারেন পাম্বগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি। নোংয়ায় তোম্বু লুখ্রাচাদি অনোন কন্না মনম চেগাইরম শানা ফেনতোকলে। খুরায় ঙারেন পাম্বা শিগবরা শিদখিয়ে। নোংয়ায় তোংবু লুখ্রাচাবু মনগবরা মন্দখিয়ে। নোংয়ায় তোংবু লুখ্রাচানা পাওমেল্লকয়ে। পাথৌ পোইরৈ খুরায় ঙারেন পাম্বা নংসুঙ অথৌলিচা হেপ্পা নহাকনে। নোংয়ায় ঐসুঙ হাওয়েন ইমৈখিবা য়াংগোই ঈতোন ঙাকপা মহাকনে। পাথৌ ইবিংঙাবু লমকেৎপা মশেন্নে। তনবা কোল্লোয় ইমিংথোং পাথৌ কোল্লোয় নমিংথোংবু হয়েং চাদোন্না কাউ শুদোন্না নিল্লগনে। লমলেন মদাইমা অসিবু পাথৌ ইবিংঙানা তোক্লবগী তোকতাকও কৌসে হায়না মিংথোংখিয়ে। খুরায় ঙারেন পাম্বনা পাওমেল্লকয়ে। পোইরৈ ইপালম নোংয়ায় নপালম্বু তাম্বনিগীনা তরা চাবুকলাম উনবী চফম হোংলে। তরা চাকয়োম চামননা রাংলৈ খাংদম য়োংমন্নখিসে। তিমেন তামৈপায় খোকলাং তানীংথক্তা মচাকয়োম্বু লানচাখিয়ে রাংলৈ খাংদমখোমবু লাম্বুকনখিয়ে। নোংয়ায় তোংবু লুখ্রাচানা পাউহংলকয়ে। পাথৌ খুরায় ঙারেন পাম্বাও রাংলৈ খাংদমখোম খোকলাং ননুংচঙ অসিদি করি খোক্লো। হোয়দা পাথৌ মেন্দে লুখ্রাচাও মালেম হৈতৌ তায়োনখোক তায়োন লৈচনখোক। রায়রা খোক্তি ঙকচেংবা খোকলাং নীংনা খাবা কোকনা থুম খাবা উনননংদবা খোমলাং চাইজি পিশিনফবা পাখং হুয়েন লানপাম্বা লান্দাখোকনে। পাথৌ তোংবু লুখ্রাচাও খোকলাং ননুংচঙদি করিখোকনো পাওহংখিয়ে। হোয়দা খুনবী লোল্লাংখোক থাঙশা ঙাইখোং লোইচনখোক খোকলাংনীংনা খাবা কোকনা থুম্বাখোক খোমলাং পিশিনফবা খোম খোকলাংচান্নে পাউখুমখিয়ে। মবিংঙাগী খোকলাং মনুংচঙবু পায়না পায়না য়েংনরম্মে। অদুনোংগীবু পায়না খোল্লাং মনুং চঙ ও তৌনা কৌয়ে। *(চায়নরোল)*

*কাওরেল ... চীয়েনা - শল রাইনবা। খোকলাংপমশীৎনা তিমেন তা চায়নবদি - তাখোক শিং নান্দুনা তা*

*হন্নরগা লাল তৌনবদি। ফেল্লবদি - লংলবদি। অচোংকন্না - কন্না চোংদুনা। মাংলৌতুরৌ তুরে - মাঙদা উপশিন্দুনা তুরে। অনোন কন্না - কন্না পাকথদুনা , থুনা নোম্বুহৌবা। মনম - মনঙ্গন। চেগাইরম শানা ফেনতোকলে - চেগাইশানা খেৎতোকখরে। মনগবরা মন্দখিয়ে - শিগবরা শিখিদে। তাম্বনিগীনা - লাপ্পনিনা। তরা - চাক । চাবুকলাম - চাক লাম্বা। য়োংমন্নখিসে - থকমিন্নখিসি । তিমেন ... লানচাখিয়ে - তা পায়দুনা চায়োম লান্নজখি। ব্রাংলৈ খাংদম খোমবু - খোমদা হাপ্পা য়ুবু। খোম-খোংদ্রুমনা শেম্বা য়ু হাপ্পবা । লান্থকনখিয়ে - লান্দুনা থকনখি। খোক্লাং - তাখোক । ননুংচগু - য়াম্না পামজবা।*

## খোক্লাং হাইনাইবা

খুমননিংথৌ কোকপগী মনাওনিপা য়াইথিংবনা মৈতৈগী লমদা চেল্লকপদা। থংচিং মখোক্লাংবু লেংদা থোংনা তক্লৌশিদংশোন্না হাইনা হাইনা কাখিয়ে হায়বগী খোক্লাং হাইনাইবা কৌয়ে। ***(খুমন কংলৈরোল)***

*খুমন নিংথৌ কোকপগী মনাও য়াইথিংবনা মৈতৈ লমদা লাকপদা তাখোক লেংদা থোংনা তকশি শোল্লগা হাইনা হাইনা কাখি হায়বগী খোক্লাং হাইনাইবা কৌই।*

## খোঙ্গাংয়ৈ

শেল্লোয় মপাচানা লংমাই লমখাংমদা খোঙ্গাংয়ৈনা ঙাইঙমএ। অদুনোংগীবু লংমাই খোঙ্গাংয়ৈও তৌনা কৌয়ে। ***(নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোল)***

*নোংমাইজিং চীংদা লৈবা মপা মচাশিংনা নোংমাইজিংগী লম্বী লমখাং অমদা লাক্লনা ঙাইনরম্মী হায়বদগী মফম অদুবু খোঙ্গাংয়ৈ কৌখি।*

## খোঙগুনতা

লমলেন মদাইমদি খোংচারোংবা মপারি চীংজেং নারন পাঙ্গনবনা থৌদু নুঙপাকথক্তা শমু মখোঙগুনবু থনমএ। খোইয়ম পাঙ্গনবা খোঙগুনতানে। ***(লুরাংলোন খোংকুন)***

## খোঙতেন পুং

হিথেল চংলৈমাতি। নোংয়াই থোংথিনপমনা হোঙনেমঙৈ। হৈরেম কাচেং নাইফাচা হোইথিপা হৈরেম চকলৈ ফানতোনকিনা ঙাইনোকনাখিএ। নোংয়াই থোংথিনপমও নয়িম হোঙতি করি হোঙনো । খাবী লয়খোঙ চুতে চামলৌ লাফম ফাতে। সায়েন সানা থুংলাপাসুং চামলৌ লায়েনপানা থুংয়িকিতি ব্রাংলৈ য়ুসিনপানা থুংলাতে। সারু কামপা হোঙ য়েনপুম চৌরা হোঙনে হায়না ঙাইনোকনাখিয়ে। নোংয়াই থোংথিনপমনা ব্রাতাথিখিয়ে। নোংয়াই খাথা হৌ খুমন লাইথা তিননা তাননরকএ। হৈরেম কাচেং নাইফা চাকহাইথিপাতি তাকেম তাব্রায় হৌথোকলে। মখোঙ তেননা চেনখিএ। খোঙতেনপুংও থোননৈএ। ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*হোঙনেমঙৈ - কুশ্মৈ তৌঙৈ। হোঙদি করি হোঙনো - কুশ্মৈসিদি করি কুশ্মৈনো। চামলৌ -লা। য়ুসিনপানা - য়ুপানবনা,য়ুয়েনবনা। সারু কামপা হোঙ - শরু অকনবগী কুশ্মৈ। য়েনপুম চৌরা হোঙনে-য়েন মপুম অচৌবগী কুশ্মৈনে ।*

হিদেল অতোঙবা অমদা খুমনগী থোংথিনপমনা থৌনি কুম্মে তৌঙেদা হৈরেম কাচেং নাইফাগী মচা হোইথিবা হৈরেম চক্লে ফান্দোংনা নোক্লখি। খুমন থোংথিনপমও নংনা তৌরিবা কুম্মেসি করি কুম্মেনো। অহাওবা ময়াক লৈবা য়ুসু পিথক্তে লা থাদুনা শা হাপ্লবসু য়ু হৈবা য়েনবা মীদি লাক্তে। শরূ অকনবা য়েন মপুম অচৌবগী কুম্মেনি হায়না নোক্লখি। খুমন খোংথিনপমনা শাওবদগী খুমনগী খা-ৱাংগী মীয়াম হৌদুনা তান্নরকই। হৈরেম কাচেং নাইফা চাকহাইথিবদি তা পায়দুনা চোংলম্লগা মখোঙ তেনশিন্দুনা চেনখি হায়বদগী খোঙতেন পুং থোনখি।

## খোঙথিন পুং

(১) লোইবি খোঙথিনপুংও কৌবদি। নয়ুৱা চীংখোং পোইরৈতোন্না মপারি খাইনায়াম মমোম তোকনা হকলবগী শমু খোঙবু থীন্না কপ্পমএ। অদুনোংগীবু লোইবী খোঙথিনপুংও কৌএ। ***(পোইরৈতোন খুম্বোক)***

*চীংগী মফম অমবু খোঙথিন পুং কৌখিবদি। নবুথৌ চীংখোং পোইরৈতোন্না মচানিপা মচানুপীশিং শিমনবদগী মখোঙ থীন্না কপ্পমই। মরম অদুদগী চীং অদুবু খোঙথিন পুং কৌখি।*

(২) লয়রায় মুংপীমাতি। ৱাংঙমলোন খোঙথিনপুংও কৌপাতি কতৌনোংকিনো। অসাইঙৈকী মৈতেংঙু লোইনাই থৱানথাপানা হৈরেম থুমপী মৈমাঙচননা পনথেংঙৈ। লাইরেন মরান ওনতেরকঙৈতা। মমোম তমফা ৱাঙমলোন চীংখৈ থানপীনা। লাইরেল ইপা মৈতেংঙু অয়াংপা সরিচোংপাও লাইরেল অৱা সোনখৈ নীক সনা লাঙচৈ চোকলারিঙৈনে। নোংয়াই সেনলৈপাকনে তনলমলাউও অতোন পাইরৈপাকনে কারমলাউও। তাঙচা মরৈতোননাতি কৌসননৈএ সমু মখুৎতোননাতি চৈরৈ ফিকুনুংতা লোননা হাইথোকপাপু। মতাইরেম তোংচেং নাউমৈকী তারিয়া য়েলাংপানা। পোনপী ৱায়রং চেকপু মসুংওইপা মিৎয়েং নানি লোঙপানা তোংচেং খনমুকনাথোকলে। লাইরেল মৈতেংঙুনা য়িমোম তমফা ৱাংঙমলোনও। লাইরেল নপা মৈতেংঙু ঐতি য়িরান ৱাইওং থেংলাকানে। হৈরেম খোঙতেকচা চয়সু পানমা তোপপা য়িমলক লানতানথৌপা হুয়েন লানকা লেমপাকী। তাঙচা লুরেনতোন অসিপু হয়েং নোংয়াই মপুংয়াইতা। নপারী সাৎনারা নমোম ফুয়নারাপাতা নাউথেমনৌও হায়না হুয়েল লালুমাপু হুনখৎলমএ। ৱাংঙমলোন চিংখৈ থানপীনা সমু খোঙপু থীননা মীকপঙমএ। অতুনোংকিপু ৱাংঙমলোন খোঙথিনপুংও তৌনা কৌএ। ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*লৈরাই অতোঙবা অমদি মৈতৈ নিঙোল খোঙথিন পুং কৌবদি করিদগীনো। মৈতৈ নিংথৌ থৱানথাবনা হৈরেম লান্দাকুবগী হল্লকপদা মচানুপী চীংখৈ থানবীনা ইপা মৈতৈ নিংথৌ অয়াংবা শরি চোংবা ৱাররিগনি নঙাই নশেন ওইবা খুমন লৈবাক্তা পোখারখো। মচীন্দদি কৌশিন্নরগা মখুৎনা ফিনুংদগী লোন্না খত্তোকপবু মনাই হিনাউ পানবা তারিয়া য়েলাংবা ইঙ্গিং খঙবনা হিদু হোন্দোক্লক্লে। মৈতৈ নিংথৌনা ইপাগী তমফা ইবেম্মা নপা ঐদি য়ুমদা হনবা থেঙুলগনি। হৈরেম খোঙতেকচা চৈশুপানমা তোপ্পা য়ুমলক লান্দানথৌবা লান্দা মশক নাইবগী কোক অসিবু হয়েং নচা নিপা নুপী পোক্লরবদা অঙাংশিং নাউথেমনৌ হায়না হুনগৎলম্মী। মৈতৈ নিঙোল চীংখৈ থানবীনা মখোঙ থীন্দুনা কপ্পম্মী হায়বগী খোঙথিন পুং কৌখি।*

## খোঙহাম পাৎ

(১) খোঙহাম পাৎ কৌবদি গরিবনিৱাজ নিংথৌনা থাঙ্গ চনু ভরনি লৌবদা খোঙ হাল্লমএ। অদুগী খোঙহাম পাৎ কৌএ। ***(থাঙ্গ লম্বিংলোন)***

*গরিবনিৱাজ - মৈতৈনিংথৌ চৱাইরোংবগী মচানি । থাঙ্গা চীংগী অকোয়বা মফমদা লৈবা পাৎকী মমিং ওইগনি ।*

(২) লাইরেল মৈতিংঙু মঙাংঙম্বগী খোঙহামপাৎনে *(লুৱাংলোন খোংকুন)*

পাৎনিগীদি লাইরেল নাওথিংখোংগী খোঙহামপাৎনে *(লুৱাংলোন খোংকুন)*

*মতাং অসিদা পল্লিবা খোঙহাম পাৎতি লাঙ্গোল চীংগী অৱাংদা লৈবা ওইগনি। মৈদিংঙু মঙাংঙম্বা - খৃষ্টাব্দ ৬৬৩-৭৬৩ দা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ নাওথিংখোংনা লোইজিং ফৌওই চীংদা লান্দাদুনা মঙাং কাঙবুবু মায়থিবা পীখি হায়দুনা নিংথৌ অসিবু লাইরেন নাওথিংখোং মঙাং কোনখুচা অতেংববু কাইনা হুনবা মৈদিংঙু মঙাংঙম্বা হায়না কৌনখি। নিংথৌ ওইদরিঙৈদা হোঙনেময়োয় খুজাও কৌরম্মী ।*

## খোঙয়িল

খোঙয়িলও কৌবদি চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী শিদববু খুনথিবকপদা । শামু তাঙচা মখোঙখুন ইন্না চৎচিনখিয়ে খোঙয়িন তৌনা কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

*লাইরিক অমদা - লমলেন মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংবুরোয় লাংওল্লকপদা । শামু তাঙচা মখোঙখুনবু ইনাচিনখিয়ে খুনচিনয়িনও তৌনা কৌয়ে।*

## খোমবিতোৎ

ময়িম সেল্লোই লংমাইনা থাঙঙা য়ৌখান নাগে খুনফম ঙাংচেংনেৎকে হাওকপ চিঙসাং য়ৌগে হায়বগী সেলোয় হুয়রীথোকনা লংমাই খোঙসানলকপদা। মৈদিংঙু মদাইরেম নোংপাল কাতেম সোয়সেলবনা। তোংচেংসোয় খাপৈপুঙ সোয়থিঙলৈমা লৌকারামবী খানলৈ মরৌলেনবু নাতৈননা। অখোং তৎতবী ঙাপৈথেল ঙাংঙোই কংতাবী সীঙপৈথেলবু ঙমলোন ঙমথংননা। যামলা খোংফৈ চীরোনচন সীঙঙুৎ নাচুঙয়ৈ খারায় চাংদোল খলনা লুফুই নামথুমবদা। সেলোয় মনিল নাই লংমাই মরাঙহৌনা হুয়েল লালহৌরকপবু সোংকিবগী। নোংপাল কাতেম সোয়সেলবদি খোয়বুঙ মরৌচাওনা লেমলৈ ঙাপুমতৈ পায়মা নিংসা সৎহোলননা সিসিন্নখিয়ে। মায়িম সেলোয় লংমাইনা সমু মখুতোলনা তানা তানা য়েংলময়ে। সেলোয় মীকৌনা লংমাই তেংথাননা অসিববুদি তোৎলবাও কৌয়ে হললকপবু তেরকপাও কৌয়ে। মৈতেংঙু মদাইরেম নোংপাল কাতেম সোয়সেলবা অসিদি তোৎলে হৌরেন তেরকপদা লুরক কাঙতৈ থিরসে হায়না হুললাললময়ে। অদুনোংগীবু লমলেল খোমপীতোৎও থোলনায়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

নাগে - লাল তৌগে। নেৎকে - লান্দাগে। হুয়রীথোক্লা - হুয় থাদোক্কুনা। য়ামলা খোংফৈ চীরোন চন - উনা খোংফৈ শেন্বা। সীঙঙুৎ ... খননা - সীঙঙুৎ য়ুংদুনা খনবা। লুফুই নামথুমবদা - লুথুম্বদা। সোংকিবগী - কিবগী। ঙাপুমতৈ - ঙা অপুম্বা তৈদুনা। নিংসা সৎহোলননা - নিংশা থিংদোক থিংজিন তৌদুনা। সমু মখুতোলনা - মখোঙ খুদোলনা। মৈতেংঙু - *মৈতৈ নিংথৌ। মৈতৈ নিংথৌ উরাকোম্বৌবা (খৃ: ৫৬৮ - ৬৫৮) বুনি। লুরক কাঙতৈথিরসে - মঙক কক্লসি। হুললাললময়ে - হুন্দোকলম্মী।*

## খোমলেন চীং

হয়রেম চনুরা অতেংপী লেরা ব্রোনপাই কৌপীকা তয়ম মাকী লাইরেন তোনকা। খুকা নুংসমচেংনা তাঙচা সমকা নাননা খানলৈ লৌতারকপাপু। খুনপী কাকফৈচানা নুরাথীকলেন মথানুংতা কাকফৈ চিনকোইচননা চীকলাপাপু। মোমনু থৌব্রাই মিরেন পায় পলেম মিংথা  লাউনা তাঙচা ঙাইখঙলাপাতা। তয়ম মাকী লাইরেনতোননা কোংয়াং ব্রাকথৌ অথৌপানা খুনপী কাকফৈচাপু খেৎলাপাতা। নুরা থীকলেন মথানুংকী খোমলাংপিসিনতোনপু মালেম লয়তা তানা লেনথরে। অদুনোংকিপু নুরা খোমলেনচীংব্রো তৌনা কৌএ।

***( মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*হৈরেম লমগী নিঙোনলক্তগী অখোইবী লেরা ওনপাই কৌবীনা মাগী লোয়নবী লাইরেনতোনগা খুকাগী নুংশমজেৎনা মশম নান্না হাত্তুনা লৌকুম্বদা। কাকফৈনা থারকুংদা চীক্লববু কিবদগী পাখত্তুনা ইমা ইমা লাউনা কপ্লে। মাগী লোয়নবী লাইরেনতোন্না ব্রাগী ব্রাকথৌনা কাকফৈবু খেৎথোকপদা মথবাক্কী খোমজিন তৎতুনা লৈমাই থক্তা তারে। নুমিৎ অদুদগী নুরা খোমলেন চীং হায়না কৌখি।*

## খোময়াল

থাঙব্রায় মদাইমদি খোময়াল ও কৌবদি। কাইনৌ ইরেংপাকা হাওরৈমা পীতোংনু নুফাপীকা মারান লুহোঙ খোঙথোংলকঙৈদা পাউমেনজবয়ে। থংলেন ইশাপীও হয়েং পোইরৈ চাদোননা ব্রাংঙম শুদোন্না কাউদনপা ব্রাংঙম শুদোন্না নিলদনববু। য়োয়বু খোমলাং ইনুংচঙ চাম্মসুনা য়াল্লমকে হায়না পামেল উতোলথক্তা য়াললময়ে। অদু নোংকীপু খোময়াল ও তৌনা কৌয়ে। ***(থাঙব্রায়রোল )***

*অব্রাং মায়কৈদা লৈবা লম অমবু খোময়ান কৌখিবগী মরমদি। কাইনৌ ইরেংবগা খুমননিঙোন হাওরৈমা পীতোংনু নুফাপীগা লুহোংবগী থিল্লকপদা হায়জরম্মী। ঐগী লোইনবা ইবুংঙো হয়েং ইচা ইশুশিংনা কাউদনবা। ননাও ওইবীনা পামজবা খোমক্রম চাম্মদং য়াল্লমগে হায়দুনা উগী উতোলথক্তা য়াললময়ে। নুমিৎ অদুদগী খোময়াল ও তৌনা কৌখি।*

*মরাল লুহোঙ খোঙথোংলকঙৈদা - লুহোংবগী থিল্লকপদা। পাউমেনজরয়ে - হায়জরৈ। থংলেন-মব্রা মপুরোইবা। ইশাপী - ইপুরোইবা, ইয়াম্বা। পোইরৈ ... কাউদনপা - মৈতৈগী চারোন শুরোনশিংনা কাউদনবা। য়োয়বু - ফমথোন কাবী নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা। খোমলাং - খোমক্রম, খোম। ইনুংচঙ - ঐনা পামজবা। চাম্মসুনা - মশীং চামা শুনা। কাইনৌ ইরেংপা - মৈদিংঙু য়াংলৌ কৈফাবগী মচানি। কাইনৌ ইরেংবা খৃ: ৯৮৪ দগী ১০৭৪ ফাওবা মৈতৈ নিংথৌ ওইখি।*

(২) খোইমোম কৌবদি লিক্লাবিচা নোংতংনুবু পুরাং নাকাবা মীমরু চেংমচংগী মতুওই। মনাও নোংশিৎপু শীদুনা নতৈমা লিক্লাবিচাদা হায়রু ও। অসি কুমলক্কে হায়রু ও। ব্রাইলম শেংলমও অসুম হায়দনা শীখিববু। নোংশিৎনা লিক্লাবিচাদা হায়রুইয়ে। লিক্লাবিচানা খুল্লময়ে। তৌবাসুঙ নায়াম্মদা পাউ অমতা চেনগে নায়াম্মদা হায়রু ও। কাঙকুরু খুজোক অমতবু কুমথা কয়াবু থিখিগবনো। মনাওনা হায়রুরে য়াম্মাও ইতৈমনা হায়রকয়ে। নঙবু কাঙকুরু খুজোক অমবু কুমথা কয়া থিখিগবনো হায়রকয়ে। পুরাংনা হায় ইমিৎ অতাঙববু নোকনায়ে চৎলরোই। নতৈমদা হায়রুও নাব্রা লৈতনা নচানিপা অনি পোকও হায়রু ও। লিক্লাবিচাগা পুরাং  নাকাবগা

কোয়নরে হায়বগীদমকপু খোইমোম কৌয়ে। মচানিপা অনি পোকয়ে। অনিমনা লৌ উজেয়ে ময়াম্মগীদি ফৌ শাৎলে মনাওগীদি খোম পালয়ে। খোম য়েখাইরবদা ফৌ চাংকোৎ অমা থোকয়ে। লৌচি মরিমদা খোম য়ালনা হোঙলময়ে অদুগী খোময়াল কৌয়ে । ***(লম্মীংলোন চেথুপ)***

*পুরাং নাকাবা - অঙোমগী চিরাংলক্কী পুরৈরোম্বনি। লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী নুপী হাওসিয়াং পুয়াংবীনা মচা পোক্তবদগী পোকপদা ঙাইরিবা অঙাং অমা য়োকখি। অঙাংদুনা লৈশাবী ফারক্লবা মতমদা চিরাংলক্কী পুরৈরোম্বনা অরোনবী নুপী ওইনা থমখি। মচানিপা খোইদোম মান্দোম অনী পোকখি ।*

*লিক্লাবিচা নোংতংনু - শঙ্গাই ফম্মাঙদা মাগী মরমদা অসুম্না ইরি " অঙোম শল্লাইগী য়ুমজংবদি চিরাংলক্কী পুলৈলোম্বনা পান্নবা লৈমদি (১) হাওনিংশংনু লৈশংবীগা (২) লিক্লাবিচা নোংতংনুগা (৩) পিথেৎ লৈমগা অহুম্মম পান্নদুনা ... লিক্লাপিচা নোংতংনুনা (১) খোইদোম (২) মান্দোম অনিমক পোকএ।" লৈথক লৈখারোন্দা - "লৈরা খোংনাংলোনদি লিক্লাপিচা নোংতংনুবু সোরারেন্না তোংপাইদুনা খোইতোম মানতোম পোকএ।" নোংশ্রংদা - " অহোং খমশানা লুরাংচীংদা লিক্লাপিচা নোংতংনুদা অমরক হাথবদি মালতোম খোইতোম অনিমা পোকয়ে।" ফাম্ভেক লোন- "লিক্লাপিচা নোংতংনুবু ... লুরাং পুন্সিবগী মতু হাওসিয়াং পুয়াংবী চনুনা মচা ওইনা য়োকচৈ।" লুরাংনিংথৌ পুন্সিবগী নুপী হাওসিয়াং পুয়াংবী চনুনা মচা পোক্তবদগী পোকপদা ঙাইরিবা লিক্লাপিচা নোংতংনুবু মচা ওইখি। চিরাংলক্কী পুরৈরোম্বা (অহোংখমশা) লোন্না লৌনদুনা মচা পোকপবু শেংনা খঙহন্দনবা ইরম্মী। সোবাবেন হারিবসিসু অঙোমগী অহোংখমশানি। লিক্লাপিচা নোংতংনুবু পোকপা মমা মপা কনানো শেংনা তাক্তে। মচা খোইদোমনা নুংবান ফম্ভেক ওইখি। মান্দোমনা লেরা খোংনাং ওইখি ।*

(৩) লোংজমগী চাওরা কৌবা য়াম্না তনবা অহল ওইরবা নিপা অমা লৈবম্মী। নোংমা চাওরানা লৌ খোইদুনা লৈরিঙৈদা লম অদুগী মীনা " ইপু চাওরা নংদি হৌজিক ফাওবা লৌ লোইদ্রিবরা? কুমদি চৎখ্রে" হায়রবদা চাওরানা কদাই য়ৌখ্রে ফারুগে হায়দুনা পোপু লাঙ্গোল থনমলগা চেনখ্রে। মাগী মতৌ অদু উবদা ওস্থোকপা অহল অঙাওবনিদা হায়না ময়াম্না নোক্লরম্মী। অহল ওইবগা তনবগা অনিনা লাইররবা চাওরানা মবুকচেল তিংনা কুম ফাগনি হায়না তান্নরকপা মতৌ অদু উবদা নুংশিরদুনা কুম পুবা লাইনা চাওরাগী মমাংদা নিংঙাইদনা চৎলরবদা চাওরানা তান্নরক্লুনা থৎলে। " কুম নং ঙাইখো, চৎখিবা য়াদ্রি ঐগী লৌ লোইদ্রি" হায়না খাম্বদা কুমনা ইকুমথা লোইরে চত্তবা য়াদে হায়না খাম্বা য়াদ্রবদা চাওরানা নমদুনা ফাবে। কুম পুবা লাইনা নংগী লৌদি কদাইনো হংবদা " ঐগী লৌদি ইরক অসিনি" হায়না চাওরানা খুম্মী। ঙমখৈ তাকউ হায়রবদা চাওরানা মাইকৈ মরি হামুল নৈরগা অসি ফাওবনি হায়রে। নংগী লৌয়াম অসি লোইবা ফাওবা ঐ লৈবা য়াদে। মরু অসিনা নংগী লৌমমাইদা থাবম্মু। পোইনু য়ৌদ্রিবমখৈ য়েংবা য়াদে। পোইনু হেক য়ৌবগা মফম অসিদা লাউ ঐখোয় অনি অমুক উন্নসি হায়না মরু অমা পিরমলগা কুম পুবা লাইদি চৎখ্রে। চাওরানা মরু অদু লম ময়াইমক্তদা থারমলগা ময়ুমদা হনখ্রে। অদুদগী চাওবানা পোইনুদা লাক্লুনা য়েংবদা নারক অদু খোংদ্রুম মরি চৎতুনা থন্না পাল্লম্মী। অসিগুম্বা খোংদ্রুমবু করি কান্নগবনো হায়না অমা হেক্লগা থুগাইবদা খোংদ্রুম মনুংদা ফৌ পিকথন্না য়াওরম্বা উবদা কান্নবা খোংদ্রুমনি হায়দুনা চাওরানা খোগোপ্পা হেক্লুনা ময়ুমদা পুখি। নারক্তা খোংদ্রুম মরিচৎতুনা য়ান্দুনা পল্লম্মী। হায়বদগী মফম অদু খোময়ান কৌনখি। ***(লম্মীংলোন )***

## খোয়তোম পাৎ

তম্ফা পাম্হোইবীনা নাউৱা অপিশা ওইনা লাইজ ইপুৎকোমগী চৈরে খোয়তোমননা থোকলকত্র। অদুনোংগীবু নাউৱা খোয়তোমপাৎও কৌএ। ***(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোন)***

## খোয়পা

খোয়পাও কৌবদি ইনুংহৌপাচা লায়রপাকা মোমনু তানলোয় মরুমপী হুয়চীন তৌথোংকাইপী লাললোই হুয়কোয়পম চানুকা। মারাল অতোলতা খমখু অয়েংচেং চৈরে অয়িলতাম মাল্লৌ অসেৎৱাৎ মাল্লৌ অমতা মাঙায়রম্বগী লৈকাই কাতেং মীয়োৎৱায়না। অহিং ইনুং সোয়য়ায়মাদা শিঙচেপ মৈরা হায়চৌ থালনা খানলৈ লৌতাবদা। লৈকাই কাচেং মীয়োৎৱায় মাবু খোয়রে। অদুনোংগীবু খোয়পাও তৌনা কৌয়ে। ***(থাঙৱায়রোন)***

*মারাল অতোলতা - লাইরবা। খমখু অয়েংচেং - ময়েং তাবা, লাইরবা, অনংবা। চৈরে ... অসেৎৱাৎ - শেৎনা ইন্নবা ফি লৈতবা। মাল্লৌ অমতা মঙায়রমবগী - শেৎলিবা ফিদুদা ঙায়রবগী লৈকাই কাতেং - লৈকাইগী য়োৎপাক। মীয়োৎৱায়না - মীগী য়োৎপাক ৱায়দুনা। অহিংইনুং সোয়য়ায়মদা - অহিংদা। শিঙচেপ মৈরা হায়চৌ থালনা - উচেৎ ৱাচেৎনা মৈ থান্দুনা। খানলৈ লৌতাবদা - লৌ য়ানবদা, লৌবুক্তা থবক শুবদা।*

*খোয়পা কৌখিবদি ইনুংহাওবগী মচা লাইরবগা মাগী নুপী হুয়চীন তৌথোংকাইপী লাল্লোই লমদা লৈবা হুয়কোয়বমগী মচানুপীগা লাইরমনবদগী শেৎনা চানবা ফিরোন্নচিংবা লৈতরে। শেৎনা ইন্নবা ফিসু অমত্তা ঙায়রবগী লৈকাইদগী য়োৎ ৱায়রগা। অহিংদ উচেৎ ৱাচেৎনা মৈ থানদুনা লৌ য়ানবদা লৈকায়দগী ৱায়রুবা য়োৎপাক অদু খোয়রে। নুমিৎ অদুদগী মফম অদুবু খোয়পা হায়না কৌখি।*

## খোয়রী খুল

খোংজোমনুপী খোয়নৌ মাতা লৈমা য়াংতৌ অতাউপীতি য়াউৱা মশিঙশু চকমোম তেমখাংলোল লোইতাম থাপু ফারাপাকি তামকপু। খোয়নৌ মাতা মঙামককিপু হৈনা মাতুংপু য়িনঙমতারাপাকী লৈমা য়াংতৌ অতাউপীনা ৱাহমলকয়ে। হে খোয়নৌ য়ীতা মঙামাও নঙখোয়তি হালনাপু কোরৌ নোংকাঙামও। নাতা ঐতি য়ীপারি করি ওইপাপু শাৎলক্কাপানো য়ীমোম কালমপাপু ফুইরক্কাপানো। পারি নাউপেংকে য়ীমোম নাউনৌকে তৌকুমলকলে। য়ীতা নঙখোয়কি মারা খোঙখুলপু য়িলঙামতালে। নাতা ঐতি কোলনাতি মারা খোঙখুলপু য়িলতালচারক্কে আসুমনা পাউমেলনখিয়ে। মপারি তাইপঙ নামু পোংওইপাপু শাৎরক্কাপারা হায়পাপু শাৎলক্তে। চেক্লা লোলখোকপা হারি খোলতৈপাপু শাৎলকয়ে। পললেম লৈমা য়াংতৌ আতাউপীনা লাংলেল চানা য়িথাঙথৌনাতি মাপারিকি নাউৱা মখোয়পু লেনলময়ে। আতুনোংকিপু নাউৱা খোয়রেন খুলও কৌপাপু পোইরৈ তাফা থিপানা নাউৱা খোয়রী খুলও তৌনা কৌয়ে। ***(খোংজোম নুপী নোংকারোল)***

*খোংজোমনুবী মতা লৈমা য়াংদৌ অতাউবীদি কুমথা শুদুনা মচা পোক্কদৌরবদা মতা মঙামক্কী মতুংইনবা ঙমদদুনা হায়রকই - 'হো ইতা মঙামক নখোয় হান্না নোংদোল কারমমো। নতা ঐদি ইচানিপা পোক্কদরা নুপী পোক্কদরা হায়বসু খঙদরি। ইচা পোক্কদবগী মতৌদি তৌরক্কে। ইতা নখোয়গী নতুংইনবা ঙমদরে কোন্না তান্নজরক্কে' হায়জখি। মচা মীওইনা পোক্লক্কবরা হায়ববু পোক্তনা মরোল থোকপা হারিনোংনাং ওইনা পোক্লক্কে। মমা লৈমা য়াংদৌ অতাউবীনা নাপী ইথাঙ অথৌবনা মচাগী মখোয় লেনখি। অদুগীদমক মফম অদুবু খোয়রেল খুল কৌই। ৱাঙাং শৈশক হৈবশিংনা খোয়রী খুল হায়না কৌনখি।*

## খোয়রীতাক

কেকে খোয়রী তোনচাউসুনা সীংউৎ নাচুংয়ৈ য়ামলা খোংফৈ চিরোল চননা সোয়সেনএ। ময়িম কেকে মোইরাংনা সোয়পুতি তাকও কৌএ। অতুনোংকিপু খোয়রীতাকও তৌনা কৌএ । *( তোরৈরোল লম্বুবা)*

## খোয়রেনতাক

পানপা কৈরেনতাকও কৌবদি কদৌনোংগীনো। খোইমোম শালওন মপোকলককীবু কেগে মোইরাংনিংথৌ য়িমখু পোংলেনহনবগী মশানৌ চীংখুয়াইমা তেলহৈবা নিংথৌ সেলখোঙ অখুবগী মমোম লৈমা নীংথি তরেংবী শীজথোইবী কৌনা শানফোংলে। পলেম মমা পোকমাবী সমলা লংমাইনিংথৌচনু মপাম শেলোই চীংনিংনাং লংমাইনোংনিংনাং নিংনাং য়াংসরিকনা য়াকৈ নিংথৌচনু। পামেল উয়োলনুংগী সীঙলেল লৈ কবোককুম লৈরাং ঙৌনা শাৎপা লৈকুমবি । খিংখিং কাইনৌ সমচি লৈকুমবীগী পলেম পিবুকনুংদগী সানফোংবী। ইরাংলোন নোংপোক কোয়চীংসাংদগী লৈহাউ লৈরেল সাৎকুম্বী। অঙাঙবা উহি নুঙচঙলৈ অরাউবা হিকোক কুমবাললৈ পানপা লাকুম নৌথোইবী কবোকলৈকুম পানথোইবী। ইরাং নাৱা চীংনুংথারাকলৈকুম য়াংনাফবী ইরাংলোন চেংলৌ সকপানথোংপু লোইদাম মেরাথাগী য়াৱা থানিংথৌকুম্বী। মিৎওঙ থমবাল লৈকা মালবি ইরাংলোন পিসুম পাকোয়থোংবু য়েংবসুঙ লীরীখেনচোংতিংকুমবী। ইরাংলোন কাইনৌ নসমচিপু য়েংবদি সমলাং নাকতৈ পাংমনা নাকা মাঙসোক ঈকুম্বী। সমলাং নাকতৈপাংমানা ময়িম কোনথা ফমলেন য়িকুম্বী। ইরাংলোন কাইনৌ নসমচিবু নদু ঙাংঙোই য়োইমোংবা লুনীংহুককুম্বী। অতোল লালচেনবম লৈহনপাৎতা হুপনৌ খাঙতপ ব্রায়না চাকথোকপা পোংনুমচন কুরাউতাউবী সালওনচেক । থৌপাল উফোঙ মৈতানানা সমচি মমৈ চোনথোকপী মশুংলাংগী কেগে মীয়াম তিন্নপুঙ। মোইরাং অকল-হয়িংচেংনা লাইখংনবা লম য়োইপু কুরু লুমালবামাঙ পানবা কৈরেলতাকও কৌবদি। নয়ু কেগে নিংথৌ লাইচিংখু চীংখু তেলহৈব মদাইরেম মোইরাং লৈবাককোইব পুমনাহুপ। কেগে খাথা লাইথা লেংনাতিল অঙম্বা সনা লীকতোমসিবা নিংথৌ মঙাই অপালবা ঙাংলৌরাকপা হাওমুরাব অথৌবা পানপা কৈকাপপাসুঙ। ওকচিনলাকপা সাংতোল মায়খু অথৌবা সনা লীকতোমসিপাসুঙ। নিংথৌ লাইবক য়িমতিননবা নোংপাল চাওবা লুৱাংসু অথৌবগা। থোংলেন হয়িংখোইচা অথৌবগা মাললৈ চিনওনলবসুঙ য়াওয়ে। ঙালখালাকপা কোংয়ামবা তলবা ফৈরা তানচৌবা নিংথৌ মঙাই অপানবা চোইনৌ সনা লীক পুহান লীকতোম থামববু কোকলেন লুফম ঙালবনচিংনা। ঙাংঙোই খমবা লাইরবগা নোংবাল আথা নাহা কোংয়ামবগা পানবা কাপনগে কৈরেল থিলনগে হায়বগী। নিংথৌ মাঙদথানা আথা নাহা কোংয়ামবনা চংখিববু পানবা মথিনাই কৈরেল মরাঙ হৌঙামলবগী খোকলাং তাহুল শোয়রে। আথা নাহা কোংয়ামবনা পানবা খাগা থানা কৈরেল য়াথোঙচলনা নোংমললে হায়দবরা। ঙাংঙোই খমবা লাইরবা অকন হয়িংচেংনা কেগে নিংথৌ মাঙগী ময়ু থাংজিং লাইমরুবু তন্না পুরুমলবগা তনবা খোকলাং লেংদাথোংনা চঙখিরে হায়দবরা। পানবা লমফমবা কৈরেল ওমপীচা অথৌববু তিলমেল তাথিল অমরক্তা তিলমেল তাখোমথুমনা পানবা খুৎনা নমনা ফারে হায়বগী। পানবা কৈলালতাক আথা নাহা নোংকাফম কৌববু পোইরৈ তাফাথিবনা খোইরেনতাকও থোলনাএ। *(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

*মোইরাং নিংথৌ ইমখু পোংলেনহনবগী মনাও চীংখু য়াইমা তেলহৈবনা পোকপী থোইবী মশুংলাংগী মোইরাং অকন অথৌ মীয়াম তিন্নপুঙবু কৈরেন তাকও কৌবদি করিদগীনো? মোইরাং নিংথৌ লাইচিংখু তেলহৈবগী অঙম অথৌ ফম্নাইবা পুন্নমক্কা খা-ৱাংগী লৈবাক মীয়াম পুন্নমক তিল্লে। মদুদা থোইবী মশুংলাংগীদমক খম্বা*

*নোংবান অনীনা কৈ ফাবা চগুখিববু নোংবানদি কৈগা মায়য়োক্নদুনা তা লংখিববু পান্দরে। খুৎলাই য়াওদ্রবা নোংবান্দি কৈগা নম্নবদা কৈখা থাদুনা নোংবান শিরে। লাইরবা খম্না থৌনা লৈবদি মবুথৌ থাংজিং লাইবু খুরুম্লম্লগা কৈ লৈবা মফমদা চগুদুনা থেগুনরে। মপাঙ্গল লৈরবা কৈরেন অথৌববু খম্বগী তিমেন তানা থুমনা থিন্দুনা পানবা কৈদু খুৎনা নমনা ফারে হায়বগী পানবা কৈলালতাক আথা নাহা নোংগাফম কৌববু মৈতেগী রাহে রাতা হৈবনা খোইরেনতাকও থোনখি।*

## খোংকনপা লম

ঙাংঙোই য়োইমোংপানা কাকয়েন মীঙমপাপু অহোঙ তানফংনৈএ। কংলৈ পুংফানৈএ। অতুনোংকীপু মোংপা লোইকেনপা কাকলেন লানতাপা সৌপোন খোংকনপালমও তৌনা কৌএ হায়তাপারা। ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

## খোংগল

মরেম মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোন্না তাউবা মহুইচাবু অমল শিহুনবিগে হায়না য়াংলৌ কংগা থাংববু খোংগল লাউগল্লে। অদুনোংগীবু খোংগল কৌএ। ***(পোইরৈতোন খুম্বোক)***

## খোংঙাখুল

লমলেন মদাইমা খোংঙাখুল থোংথোক ঙাপুরমও কৌবদি কদৌনোংগীনো। মৈতেংঙু লোইনাই থরালথাপানা লমলেন লানলোই ইয়ৈবীগী লেমলৈ ঙাচেন্নঙৈ। রানচেং পুঙমদা লেমলৈ হোনঙমদবগী পোৎপু লেংনমথোংবু তেকলে থোংতেকও তৌনা কৌয়ে। তাল্লোই তুচাহৌনা লেমলৈ ঙাহোনলময়ে। ঙাহোনখুলও কৌববু পোইরৈতাবু থিবনা হেস্বা খোংঙাখুলও কৌয়ে। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*খোংঙাখুল থোংথোক ঙাপুরম কৌবদি করিদগীনো। মৈতৈনিংথৌ থরানথাবনা ইয়ৈবীদা ঙাফাবদা ঙা য়াম্মন্না ফাদুনা হোনবা ঙম্নরক্নবদগী পাবোৎ চৈসু তেক্লে থোংতেক কৌই। নুপী অঙাং খাক্তনা ঙাহোল্লম্মী। ঙাহোনখুল কৌববু মৈতৈগী রাহে লৈতেং হৈবনা খোংঙাখুল কৌখি।*

*থরানথাবা - খৃ : ১১৯৫ - ১২২৩ ফাওবদা পাল্লম্বা মৈতৈনিংথৌ থরানথাবা। লেমলৈ - ঙা। ঙাচেন্নঙৈ - ঙা ফাঙৈ। রানচেংপুঙমদা - ঙা পুবা ঙমদবা। লেমলৈ হোনঙমদবগী - ঙা হোনবা ঙমদবগী। পোৎপু লেংনমথোংবু - পাবোৎ চৈবু। তাল্লোই তুচাহৌনা - মতু মচা য়াওনা, মতু মচা হৌনা।*

## খোংচি য়াইনারোক

হাওরৈ নোংপোকলা পাংবরম মৈতৈংঙু হোংনেময়োয় খুনজাওনা সেলোই লীকলু লৌথিবী লংমাই পিতঙঙা শাফবীদা নুয়িনচীং খোংচি য়াইনারোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাইরেল মৈতেংঙু লুকয়ি সেলোয়নাইনা মনেম মচা নোংবাল্লোন পিতাঙঙাদা নুয়িলঙৈদ। মপা মৈতেংঙু উরাকোম্থৌব মশুংলাংগী ময়িম সেলোয় লংমাইনা চিঙশাংখোকলোয়হৌনা রাতাথিরবগী। মৈতেংঙু হোংনেময়োয় খুনজাওনা ফক্লাং লোলচা মতাইকাঙ পরে হোংলাথৎনা সেলোয় পনচোংখি লংমাই পল্লিৎখিঙৈদ। সেলোয় মরাঙহৌ লংমাই মথিনাইনা তান্নরকয়ে। সেলোয়না মীকৌনা লংমাইনা তেংথাননা পুংবু খোং, মৈবু য়াইও কৌয়ে। ইনুংসোয়য়ায়মদ পুং খোংথিন মৈ য়াই থান্না তান্নরকয়ে। অদুনোংগীবু খোংচি য়াইনারোকও তৌনা কৌয়ে। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*হাওরৈ - মায়গৈ। মৈতেংগু হোংনেময়োয় খুনজাও - খৃ : ৬৬৩ - ৭৬৪ দা পাল্লম্বা মৈতৈ নিংথৌ নাউথিংখোং। নুয়িনচীং - য়াওং ইনবা চীং । লুকয়ি সেলোয়নাই - নাউথিংখোং নিংথৌ। মনেমমচা - মাগী নুপী। নুয়িলঙৈদ - য়াওং ইনঙৈদা। চিঙশাং খোকলোয়হৌনা - চীংমী ময়াম হৌনা। ব্রাতাথিরবগী - শাউরবগী। ফক্লাং লোনচা মতাইকাও - ফক্লাং হোগায়দুনা। পরৈহোংলাথংনা - ফক্লাংগী পৈয়া থংনা। পনচোংখি - নাম্বোত্তুনা চেনখি। পল্লিংখিঙৈদ- নাম্বোত্তুনা চেনখিঙৈদা। মরাঙহৌ - ইরাও লাঙনা, লাউখোংবা। মথিনাইনা - শাওনা। তান্নরকয়ে - তান্নরকই।*

## খোংজাইঙম্বা চীং

খোংজাইঙম্বা চীং কৌবদি লাহন্নোং য়াওসুরাকপা অথৌবনা খোংনা লাউনা লৈরময়ে হায়বগী খোংজাইঙম্বচীংও কৌয়ে। ***(মোইরাং লম্মীংলোন)***

## খোংজোম

খুব্রাই নোংচেংপম নাইচা য়েকমা হাউতংলা নমুপোংপারাচা অতনপানা। লীরী থমমোয় তিং লকাতেনমৈলাকনা তেনথারপাতি। নোংপোক তৌরিং লৈমচা তাউহুইরেং অহনপাপু সোয়য়োনলে। লাংকোই থানুংথীংনা তেনপাল্লে । তাউহুইরেং অহনপাকী লাংকোই থানুংথীংলাপাকী হাওরৈ খানা পাংপালমতা খোংনা লাউনা পাইথখিয়ে। অতুনোংকিপু খোংচোম লমনামুংও তৌনা কৌয়ে। ***(নুমিৎ কাপ্পা)***

*খুব্রাই নোংচেংবম পিবানা পাদম লাক্লা তেন কাপ্পবু তাউহুইরেং অহনবদদি পান্দনা মাগী শগোলদা পাল্লে। তেন্না থানুংথিংনা থুমনা পাল্লবা তাউহুইরেং অহনবগী শগোলনা খা- মায়কৈ পাংবলমদা খোংনা লাউনা পাইথখিয়ে । নুমিৎ অদুদগী লমদম অদুবু খোংজোম হায়না কৌখি ।*

## খোংতুম

খোংতুমও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লোইবী তেংথানা হেম্বা মীকৌননা তরেৎ সেলফাংয়ৈ ব্রাংলেন থাংয়ৈনা পুংবু মনিল নাইনা খুন্দায়ে। অদুনোংগীবু খোংতুম ও থোন্নেএ। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*ব্রাংলেন থাংয়ৈনা - পুং ময়াম য়ৈদুনা হরাওবা*

## খোংতৈ

লহালনোং হয়িঙৈদা কৌবা অঙাংঙা মপারি মঙামগা লোইনাই কৌবা পুম্না হুপ মোংবী পুমনা খোলনা পনম হেকমাই কারকঙৈ। লিনব্রাই চীঙসাং খোকলোইহৌ হেম্বা মনিল নাইবনা তরা চায়োম সারেল সায়োমগা ব্রাংলৈ লৌখোং চেন্না হোঙনা চাউনা তৈনা ঙাইখম ঙমএ। অদুনোংগীবু খোংতৈও কৌএ।

***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*কৌবা অঙাংঙা - কৌব্রু চীংদা পাল্লম্বা অঙাংঙা। লোইনাই কৌবা - কৌব্রু চীং। পুম্না হুপ - মীয়াম পুম্নমক। মোংবী - কৌব্রু চীং। পুমনা খোলনা - পুম্নমক খোমদুনা। পনম হেকমাই কারকঙৈ- মথোই কানা চংথোক্লকঙৈ। খোকলোইহৌ - ময়াম হৌদুনা। সারেল সায়োমগা - শা ময়োমগা। ব্রাংলৈ লৌখোং চেন্না - য়ুনা লৌখোং*

*চেনবগুম, য়ু মরাং কায়না। হোংনা চাওনা - মরাং কায়না। তৈনা - নীংথিজনা, তোঙান্না। ঙাইখমগুমএ - ঙাইরম্মী।*

## খোংপালনাও

লমলেন খোংপালনাও ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কেগে পুমনা হুপ মোইরাং পাকনা তাইনা লেমলৈ ঙানৈবদা। নোংপাল লৈমা নিঙথি তরেংবীনা লেমলৈ ঙাতাংলবদা। মদাইরেম মায়মুরা খোইচেলনাও সোয়সেলবনা খোকলাং মখুৎ সুবু ফৈনা হাইনা তাকখিয়ে। কেগে লৈমা অঙনবী মোইরাং লৈমা আরেমবী লৈমা নিঙথি তরেংবী অসিবু । মীরাইমানা য়েংফারোইয়ে পোংলাইমানা হায়ফালোইয়ে হায়না। কেগে মীয়ামলক্তা লাউনা খোংনা তাকলময়ে হায়বগীবু কেগে খোংবালনাও ও তৌনা কৌয়ে। ***(মোইরাং লৈকোই পুঙ)***

*খোংবালনাও কৌবদি করিদগীনো। মোইরাংগী মীয়াম হৌদুনা ঙা ফাবদা অঙোমগী নিংথি তরেংবী কৌবীনা ঙা ফারম্বদগী মায়মুরা খোইচেন্নাও সোয় শেন্নবগী তাখোক্লা ফৈনা হাইদুনা মীয়ামদা তাকখি । মোইরাংগী লেমজনফম ওইবী লৈমা নিঙথি তরেংবী অসি মী অমত্তনা য়েংবীরুগনু ৱাসু ঙাংনবীরুগনু হায়না মীয়ামলক্তা লাউদুনা তাক্লম্মী হায়বগী খোংপালনাও কৌখি।*

## খোংফৈ লমজাওবা

য়ামলা তুমাবা খোংফৈ লমজাওবা ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নুংবান নুঙগাংপাম্বগা মপারি হাওবা তেকপগা পোইরৈ খুনকুমলক ৱাঙম খুন্দারকপদা। চকপা থৌবানদোংবনা থৌখামঙম্ববু মপারি হাওবগী থাঙলেন মখুৎশুনা য়ানথুরে। নুংবান নুঙগাং পাম্বা থাঙলেন মখুৎশুনা চকপা থৌবানদোংবগী শমু মখোঙ ককনা। নুংবান ময়িমনাক লুৱাং ইরমখৈদি অসিনা খাইবনে হায়না খাইরম্বনে। অদুনোংগীবু য়ামলা তুমাবা খোংফৈ লমজাওবা ও তৌনা কৌয়ে। ***(চাদ লাইহুই)***

*য়ামলা তুমাবা খোংফৈ লমজাওবা কৌবদি করিদগীনো । লুৱাং নুঙগাংপাম্বগা মচানিপা হাওবা তেকপগা মৈতৈদা কুমলক্লুনা খুন্দারকপদা চকপগী থৌবানদোং কৌবনা খাম্ববু মচানিপা হাওবা তেকপনা শাওদুনা থাঙনা য়ানথুরে। লুৱাং নুঙগাংপাম্বনসু মাগী থাঙনা থৌবানদোংবগী মখোঙ কক্লুনা লুৱাংগী লমখৈদি অসিদা খাইরবনে হায়না খাইরম্বনে। অদুদগী য়ামলা তুমাবা খোংফৈ লমজাওবা কৌই।*

## খোংমন

ঙাঙোই য়োইমোংবনা তেংদুনা তৌরম্বা তুরেল অচৌবা মরিল অসি হান্নদি কংলাগী নোংচুপ থংবা নুংজেং পুখ্রি শম্না চেল্লম্মী। কংলাগা স্না কৈথেন অচৌবা অনিগী মরক্তা তুরেল খল্লি হায়দুনা মমৈথংদা ফুন্দুনা অনৌবা তুরেল অচৌবা মরিল অসি তৌখিবনি হান্না চেল্লম্বা তুরেল মরিল অদু ককখিবনা খোং অমনবা মরিল হায়দুনা মফম অদু খোংমন কৌনখি। ***(লম্মীংলোন )***

## খোংমৈ

মৈদিংঙু নাওথিংখোংনা মপা মৈতৈনিংথৌ উরাকোম্বৌবগী উক্রোং হোঙনবা উমা য়াল্লুই । উ অদু চিংলকপা মতমদা নাম্বোক্লুনা চেনখ্রে । মখাপাংনা তান্নদুনা অমুক ফারে । মফম অদুদা উ অদু লাউ খোংলম্লগা মমৈ

মতোলনা হায়রল্লগা অমুক চেনশ্রে মনিংপাংনা । উ অদুগী মমৈনা হাইরমই অমদি খোংলমই হায়দুনা মফম অদুবু খোংমৈ হায়না তুরেল ওইনা লৈহৌরে। *(উমংলাই খুন্দা)*

## খোংলী সাপন

মোংপা মতাইমাত্তি। কেকে মোইরাং খাইতোন লৌথিপাকা নোয়াই থিংকোনপাকানা। তরা চাককৌনা ব্রাংলৈ য়ুকৌনঙৈতো। খাইতোন যোমনু তালোই মরুমপী হাওনিংসং লৈমা নুংনাংখোমপীপু। মথংলেননা ব্রাংলৈনা তোনঙমনানা হাউতৈনা কোকতা কারপাকী। নোংয়াই থিংকোনহনপানা লৈমা নুংনাংখোমপীপু। চিনকোয় পাউরানননানা চেংলৌ শকখঙনারাপা ব্রাকী। মথংলেননা চেংলৌ মিংথিংলে মিংয়েং সানখৈরে। তালোয় মরুমপী মোমনু সাংতিং মখোঙলী। অয়াং লাইফা চনু লৈমা অখোংফাপী সাকিলী। থিক্রি চোমফালী মেননোং খুংনা ওনপা কুমচেং ফায়েংলীনা। সমুতুংতা লয়না পুললমএ। অতুনোংকিপু খোংলী সাপুন ও কৌপাপু। পোইরৈতা ফাথিপানা খোংলী সাপনও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*তুরেল তোর্ববান অমদি মোইরাংগী খাইতোন লৌথিবগা খুমন থিংকোনবা চাক্কৌনঙৈদা খাইতোন লৌথিবদি য়ু থকপদগী ঙাওরে। য়ু ঙাওরিঙৈদা মাগী নুপী হাওনিংসংলৈমা নুংনাংখোম্বীবু খুমন থিংকোনহনবনা অপাম নুংশিনা য়াহিপমিন্নরে। নুংনাংখোম্বীবু থিংকোনহনবনা মিংয়েং কারন চন্নববু উরদুনা খাইতোন লৌথিবনা মতু নুংনাংখোম্বীবু থৌরীনা মখুৎ তুংবুন্নরম্মী। অদুগীদমক খোংলী শাপুন কৌপাপু মৈতৈ ব্রাহৈ লৈথেং হৈবনা খোংলী সাপন থোনখি।*

## খোংলৈপাল

খোংলৈপাল কৌবদি খুনচাওবনা তোনাসাংনা পালয়েংবা চৎলময়ে। খোংলৈপাল কৌয়ে। *(লম্মীংলোন চেথুপ)*

## খৌপুম

তাকুৎ তাকাইয়াং খৌপুম চীং মাঙন ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহাননোং হয়িঙদা নয়ু তুবি য়োইনোংতা নোংতা লাইরেল পাখংবনা সেননেমচীং। সেব্রাং খাবী হৈরাং ব্রাইচৎহৌঙৈ লোকতু চীংসেমবনা চীংলেন মমৈ ককনা সেম্বা চীং। খোমতু চীংসাবনা থৌদু নুংকুপ খুলনা সাবা চীং। লাল্লোই চৎনদনা তাকুৎ তাকাইয়াংবু ঙাইরোইননা পনম হেকমাই কাঙৈদা। তরা মচাকখাকপু লোইবী চায়াইনৌ য়ৌনবা চিনফি খানিকনবসিংনা চায়াই মীকৌনা চিনফি তেংথাননা চাকপুদি পুমও কৌএ। চারববুদি খৌও কৌএ। চীংলেন পললংলা অব্রাংবসুং পুমও কৌএ। অদুনোংগীবু খৌপুম খুললেনলৈ ও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মঙন - মতিক , থোইদোকপা। সেননেমচীঙ -শেম্নম্বা চীঙ। হৈরাং ব্রাইচৎহৌঙৈ - হৈপুদুনা চৎপদা। লাল্লোই - লানমী তেঙ্গোল। পনম -তুম্বা,মীহাৎফম,চৎথোকপা , কোয়থোকপা। হেকমাই কাঙৈদা- মথোই কাবদা। ঙাইরোইননা - লোয়ননা।*

*তাকুৎ তাকাইয়াং খৌপুম চীংবু মতিক মঙাল চাওবা কৌখিবদি করিগীনো । থায়না নবুথৌ নোংদা লাইরেল পাখংবনা হান্না শেম্বা চীংনি । সেব্রাং মাইবীনা হৈ পুদুনা চৎপা মতমদা লোক্তু চীংশেম্বনা চীংমৈ হুইথরকপবু কক্তুনা শেমখি । খোমতু চীংশাবনা মথৌ লৈরবা নুংকুপ খুন্না চীং অসিবু শাখি । মতিক লৈরা চীং অসিদা*

লাম্লোই চৎনদনা তাকুৎ তাকাইয়াং লোয়নদুনা হরাও মথোই কানা মীয়াম চাকখাওখি । নুমিৎ অদুগী অহাওবা চাক য়েনশাংশিং চায়াই খুন্দা চায়াই অমসুং চিনফি নুপীশিংনা পুরক্লুনা মীয়াম পিজে। চায়াই অমসুং চিনফিগী লোন্দা চাকপু পুমও কৌই । চাক চাববুনা থৌও কৌই । চীং অৱাংববুসু পুমও কৌই । মরম অদুগীবু থৌপুম খুললেম্লে কৌখি ।

## খ্বাই (ক্বাই)

লমলেন ক্বাইও কৌবদি কদৌনোংগীনো । ময়াই কোইরেল থিংক্রুমলোক ময়িমগীবু হায়বগী ক্বাইয়িও তৌনা কৌএ । *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*থিংক্রুম লোকনা কোয়শিন্দুনা লৈবা মীশিংগী তুরেলনি হায়বগী ক্বাই তুরেল কৌখি ।*

## গুরুপাৎ

মিদিংঙু গরিবনিৱাজনা সান্তিদাস গুরুদা মচালৈমা পিদুনা ময়ুম মকৈ শাদুনা লৈহল্লে। মচাগী অউলপোৎ ওইনা পাৎ অমসু পিরে । পাৎ অদুদি সান্তিদাস গুরুগী মমিং লৌদুনা গুরুপাৎ কৌই । *(লাংদাই লাংওন)*

## গোষাইরোক

লাঙগোল চীংলেন নাপোম্মদি সেনবী কবো গোষাই কৌববু শীংজা ৱাইকোইবদা পামেল খুৎয়ানথানা নোংমল্লে। অদুনোংগীবু সেনবী নোংমনচীং কবো গোষাইরোকও তৌনা কৌএ *(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

*সেনবী - অৱা , কবো। শীংজা ৱাইকোইবদা - থবক চৎথোকপদা, শীং-উ য়ানবা চৎপদা । পামেন -উ। খুৎয়ানথানা নোংমল্লে - তাদুনা শিরে ।*

## গৌরনাগর

শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র মহারাজনা নোংমাইজিং মতোন্দগী চীংখোঙদা কুম্লক্কুনা শকাব্দ ১৮৭০ ৱাকচিং ২২ নি ইরাইদা নোংমাইজিং চীংখোঙদা গৌরগোবিন্দ লাই শাদুনা লাৎখি। লাইশঙ ৱালহৌফম শাদুনা মাঙোব পুখ্রি শঙগাইনচিংবা শাদুনা মমিং গৌরনগর থোল্লমদুনা বামোনবু সেবা তৌহল্লি। *(চৈথারোল কুম্বাবা)*

## ঙাইখম মতোন

লমলেন মদাইমা নোংয়াই শংলৌচিং । খুমন মোনথাথেন থৌবাল মোইজাচিং । হাওখা ইকোপ্পাল নোংপোক সনা থুম্বিচিং । ঙাইখম চীংমতোনও কৌবদি কদৌনোংগীনো । নোংয়াই খুমনচনু অদোন শংলৌরেম্বীনা খোমলেন মঙখৈনখি। মমান মচা কেগে মোইরাং ঙানবা থাঙলৌকোই উরা হামজাওসু শাফববু খোমলেন মঙফোঙনবা ৱাগী। কোরৌ নুমিৎ অমদা লম্লেন অরোং শঙলাংমৈবু নাতৈননা লমওক্লগে ইন্দান্দনা নোংহাম্ববু শোয়নরে। কোরৌ নুমিৎ অমদি লৈতাংয়ুম্মোইকোন লাম্লোই পাওবীতেকপু থংননা হৈরাং থোপচল য়েনা নোংহাম্বসু সোয়নরে। কোরৌ নমিৎ অমদি মপাম নোংয়াই শংলৌবু নাতৈননা লাইজ ইয়োকফুবু তৈনাখিল লুমাইলেম শঙলেন মাঙলম লৈনাখন মোল্লাং তপতাইথানা মানজা মৱা ওইববু ঙাইখমখিয়ে। অদুনোংগীবু ঙাইখম মতোন ও কৌয়ে। মানজা মৱা ওইবা ঙানবা থাঙলৌকোয়বু খুৎপী কৌরোৎশু খুজেং হংজিৱাইনা শমু খুৎপু থুম্না লমওক্লয়ে। অদু নোংগীবু নোংপোক শাথুম্বী চীং ও তৌনা কৌয়ে। ***(শল কাও)***

*লমদম অমবু ঙাইখম চীংমতোন কৌবদি করিদগীনো । খুমননিঙোন শংলৌরেমবীনা মমঙ মঙবদা মাগী নুংশিজবা মোইরাংঙানবা থাঙলৌকোই শাফববু মমঙদা উবদা নুঙাইতদুনা নোংমদি অরোং শঙলাংমৈগী লমদমদা উননবা ঙাইজববু উনদরে । নোংমসু লৈতাংয়ুম্মোইকোন লাম্লোই পাওবীতেকপু নক্লনা অহাওবা হৈরাং পিজগে ঙাইবসু লাক্তরে । নোংমদি মপাম খুমনগী অশংবা লৌবুক মনাক্তা ঈশিং থমদুনা শঙখল্লগা হিপফম মোন থাদুনা মপুরোইববু ঙাইজখি । নুমিৎ অদুদগী মফম অদুবু ঙাইখম মতোন কৌখি ।*

## ঙাইতে লৌকোন

নিংথৌ মুয়াংচাউবা ইফা ৱাইথংনেনবনা ঙাইতে পনমরুদা লাইজ ইয়োককোমবু শেমনা ইয়োকয়ে। ইনুং শোয়য়ায়মদা সোরারেনগী মমোম লাইরুরা তরেৎমনা লাইজ ইফু শান্নববু নিংথৌ মুংয়াংচাউবনা চরৈ ফিমুনখিয়ে। খোইমোম লাইরুরা তরেৎমনা ইনুংশোয়বনা হাল্লগনে ইপা সোরারেনগী লাইরৈবাক্তা কারগে চরৈফি পীও হায়ববু। নিংথৌ মুংয়াংচাউবনা পাউমেল্লকয়ে। চরৈ ফি পীও হায়রবদি নশানৌ লৈরাং অতোনবীবু পীরম্মো হায়খিয়ে। লৈরাংতোন অতোনবীও চরৈ ফিশেৎতনা নোংদা করম কাশিবনো হায়না কপলম্মে । লাইরুরা তরুকমনা মশানৌবু লাক্কবরা হায়না হন্না হন্না য়েংলম্মে । হয়িঙৈদা হন্না য়েংববুদি তেবাও কৌই অদুগী ঙাইতে লৌকোন থোন্নেয়ে। ***(চায়নরোন)***

## ঙাইথিনাদবা পুঙ

তোরয় নমসাংমাদি । লমলোইচাদি অরয়বগা খ্বাইচাদি হৱাইবগা য়াইসকুলচাদি য়াইচাবগা । লোকক পামবা লাংকমবসুগা । লুৱাংসু ৱাইরোকপাগা । ৱাপা খুনথিনা চেঙজা লান্নংননা থাঙলেন খুৎনা ঙাইথিদা । তিমেন মনুংচঙনা ঙাইথিনদে । ঙাইথিনদবা পুঙও কৌএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*হিদেল অমদি লমলোই মচা অরৈবগা খ্বাইমচা হৱাইবগা য়াইক্কুল মচা য়াইচাবগা লোক্কা পাম্বা লাংকমবগী মশুগা লুৱাংগী মশু ৱাইরোকপগা চিন্দা পাউদানদুনা খৎনবদগী হেঞ্জিল্লক্কুনা শাগে মরুপ মপাং থিনদনা থাং-তা য়াওনা খৎনরে । অদুগীদমক ঙাইথিনাদবা পুঙ কৌই ।*

## ঙাইমু

ঙাইমু খুললেনলৈ তুলাই মচীঙসাংও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহালনোং হয়িঙৈ খোইমোম লাইরেম্মা কনচা ও মৈপোকথোকপী সালনুবী চরৈফিনা হুইয়াই ঙাইনোক তুংৱোইনা য়াংফং কোনলোই ঙমদবীগা। খোইমোম মসাবী খোমতু চীঙসাবা মচীঙসাং লোকতু চীঙসেম্বা মালতৌরোকপু । নাপোম লোকমাংমাবু খাক্কনা লীরেন য়াইরী ফমলোই তান্না চরৈ ফিসেৎনবগা চৎনা ঙাইনা ওংকাইনরমএ। অদুনোংগীবু ঙাইমু ও কৌএ।
*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*কনচাও মৈপোকথোকপী - শাঙগনবী। হুইয়াই ঙাইনোক তুংৱোইনা -ইকাই ইকি হুন্দোক্কুনা। য়াংফং কোনলোই ঙমদবীগা - হায়না তান্নবা য়াদবীগা। লীরেন য়াইরী ফমলোই তান্নবা - লীরেন য়াইরী মরাং কায়বা। ওংকাইনরমএ - থেংনবা, উনবা, ওক্লবা।*

## ঙাইরনচীং

লাইপাখংনা হুললাবদি লাইনুরানা ওকলৌচীং লাইনুরানা হুললাবদি লাইপাখংনা ওকলৌচীং। নুরা ফিবুল ঙাইরনচীংও তৌনা কৌএ । *(মোইরাং কংলৈরোল)*

## ঙাইরোং চীংমহুৎ

(১) শেল্লোয় মদাইমা লংমাই মখলমদি। খোইয়ম লাইয়িংথৌ অঙৌবা লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বনা মশানৌ ৱাংগোন লাইক্রুরা অতেংবীবু লাক্কবরা ঙাইরময়ে। অদুনোংগীবু ঙাইরোং চীংমহুৎ ও তৌনা কৌএ । অদুসুং মদোমদো। ঙাইরোং থোনমরক্তি লংমাই থিকলেং মাইরেং কুম্বা নাওসং ৱাহোং চান্দৌ লিকতোক থৌরাংনা। হাওকপ চীংশাং খুনফম ঙাংজেংয়ৌগে থাংঙা য়ৌখান থেংগে হায়বগীবু হাউমন পাকনা খায় ঙাইরোং ৱাংনা হুন্না পাদমলময়ে। অদুনোংগীবু হাউমন পাকায়থেন ঙাইরোং ৱাংমা চীংও কৌয়ে।
*(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

*নোংমাইজিংগী মফম অমবু নোংপোকনিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বনা মশানৌ লাইগী মচা হেন্না ফজবীবু লাক্কবরা ঙাইরম্মী। মরম অদুদগী ঙাইরোংচীং মহুৎ কৌখি । অদুদসু নত্তে । ঙাইরোংবু অমুক থোনবদি লংমাই থিকলেং মাইরেং কুম্বা নাওসং ৱাহোং চান্দৌ লিকতোকনা , হাওকপ চীংশাং খুনফম ঙাংজেং থাংঙা য়ৌখান্দা লান্দাগে হায়বগীবু শীংপাক খায়রগা ঙাইরোং ৱাংনা হুন্দুনা মায় পাক্কদরা পাকলোইদরা খুদম চাংদম য়েংলম্মী।*

*নুমিৎ অদুদগী হাওমন পাকখায়থেন ঙাইরোং ব্রাংমাচীং কৌখি ।*

*লাইয়িংথৌ - লাইগী নিংথৌ। অঙৌবা লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বা - নোংপোক নিংথৌ। ব্রাংগোন লাইরুরা - পাম্হোইবী। অতেংবীবু - খ্বাইদগী হেনবীবু। অদুসু মদোমদে - অদুদসু নত্তে। থোনমরক্তি - অমুক থোনবদি। থেংগে - লান্দাগে। হাউমন - শিং। পাকনা খায় - মপাক মপাক শোইবা। ঙাইরোং - শিং, ঙাইরোং পাম্বী। ব্রাংনা হুন্না - মথক্তা হুনগত্নুনা। পাদমলময়ে - খুদম চাংদম য়েংলম্মী, মপা তম্লম্মী।*

(২) মশাপি অঙৌবা লংমাইনিংথৌ কাইন ও চিঙশোমপাসুঙ। শেল্লোয় মচিঙলেন লংমাই মচিঙশাংতা তমপা মশানৌপু লাককাপারা হায়না ঙাইখমলময়ে। অতুনোংকিপু ঙাইরোং চিঙমহুৎও তৌনা কৌয়ে। ***(পাম্হোইপী খোংকুল)***

## ঙাকাচেং

নহান্নোং হয়িঙে খোইতোম অহলবগা মালতোম অতোলবগা সানৌ মচিল মনাওনা । য়াওরৌ চীরেল তোমপোকপা থৌদু নুংপাক কোইরুব্রাবু সারেল তুংইন তাল্লকঙে । য়াওরৌ সানিংথৌনা তেকপী ওকপু ওইনা তান্নরে ওকতানও কৌয়ে। তেকপীওকনা থিংলৌ অপিসা ওইনা খোইমা নারোন্নুংগী পিক্লা চেংনা কাখিয়ে। নাকাচেং ও কৌববু কবুই মনিন নাইবনা ঙাকাচেংও কৌয়ে । ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*থাইনঙৈ খোইতোম মালতোম মচিন মনাওনা মচী অমতা পানবা নুংপাকথক্তা চাক্তাবা শাবু তাল্লকপদা শানিংথৌনা ওক ওইনা চেনখিবদগী তাল্লকই অদুগী ওকতান কৌই । ওক অদুনা শা অপিকপা ওইনা নাগী অশোঙবা মরক্তা পিশক পিকশিন্না কাখি হায়বগী নাকাচেং কৌববু । কবুই মনিন নাইবনা ঙাকাচেং ও কৌয়ে।*

## ঙাকৌ মহীথেল

হিথেল চংলৈমাতি। খুনচাল নিংথৌ চেংলৈ লাম্থাপা মমোমলোন। চাইরেন নিংথৌ য়াউফুরাকপা মরুমপী অরাই লাইচাপীনা। হংকেল তাইখাং লাক লেমলৈ ঙাচোপ থেমপাতা । থারৈ ঙাও কারকও লেমলৈ ঙাও কারকও হায়না লয়রায় মুংপীথকতা লেমলৈ ঙামি কৌরমএ । অতুনোংকিপু ঙাকৌ মহীথেলও থোননৈএ । ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*হিদেন অতোঙবা অমদি খুনজান নিংথৌ চেংলৈ লাম্থবগী মাচনুপী চাইরেন নিংথৌ য়াউফুরাকপগীনা তালোয় অরাই লাইচাবীনা । ইন চিংদুনা ঙা লাক্লবা ঈশিদা চোপ চোপ লাওনা য়ৈরম্মী । লৈরাই মথক্তা থারৈ ঙাও কারক ও লেমলৈ ঙাও কারকও হায়না ঙাগী থব্রাই মমি কৌরম্মী। নুমিৎ অদুদগী ঙাকৌ মহীথেন থোনখি । হংকেন তাইখংলাক - ইনথাবা । লেমলৈ ঙাচোপ থেমপাতা - ঙা লাক্লবা চোপ চোপ লাউনা তানশিনবদা । থারৈ লেমলৈ - খা মায়কৈদা লৈবা শুগনুগী লমদম । ঙামি কৌরমএ - ঙা লাক্লবা থব্রাই মি কৌবা ।*

## ঙাঙবা মম্বীরোক

নিংথৌ খাবা শোকচ্রোমপা কংলৈ লৈপাক মপাকি। মতাইরেম ময়াঙ খোইতোঙ শল শেনপা খোয়তোঙ থোংতা লেপপানা। মশল ঙাঙপা ফৈতাঙপা ঙৌপা লাইতোঙপাকা। মানপী লীকাথু কাওরেল লীকা লৌনা অব্রাং লাইনা পাংপারম। মুব্রা লোকলেন কোন ঙাংচেং মম্বীরোক্ত। লাংপল কাওরেল শল শেনপা কাইপী শল

ঙাকপাতা। তমপা ব্রাংঙমলোনও নতু লাইপাখং তরেৎমানা। মমান নিংথৌ কংলৈ লৈপাক মপাকী মশল ঙাঙপা ফৈতাঙপা ঙৌপা লাইতোঙপাপু মিৎয়েং শানখৈরা চেংলৌ মিৎথিৎলাপাকী। খোইমোম লাইরেমমা নঙনা লোন্না লোন্না ঙাঙনখিয়ে। অতুনোংকিপু ঙাঙনা মমপীরোকও তৌনা কৌয়ে। *(পাম্থোইপী খোংকুল)*

*কংলৈ নিংথৌ খাবা শোকচ্রোম্বগী মনাই ময়াংখোয়তোঙ শলশেনবা খোয়তোঙ খোংদা লেপ্পনা। মশন অঙাংবা মফৈ তাঙবগা অঙৌবা মরাইবক তোঙবগা থৌরী থুদুনা অব্রাং মায়কৈদা লৈবা মুব্রা লোক্তা লাংবন থাদা শল শেনলিঙৈ। হে নিংথৌগী মচা ইবেম্মা তম্ফাও নবুং লাই পাখং তরেৎমানা। নকু নিংথৌ খাব শোকচ্রোমবগী মশল অঙাংবা ফৈতাঙবা অঙৌবা লাইবক তোঙববু উরবগী লাইরেম্বী নংনা লোন্না লোন্না ঙাঙনখিবগীদমক মকম অদুবু ঙাঙনা মম্বীরোক কৌখি।*

## ঙাচাপুঙ ঙারমপাক

মুকাপকী মমৈরম থংবদা সোয়কোক লৈয়ে। মচিন মনাও অনিমনা মপা গুরু থিবা লাকয়ে। শারেং পুহান নিংথৌ ইরানবীও হায়য়ে লানবীগে হায়য়ে। অনিমদি চল্লোই হায়য়ে। মনাও হান্না লানগে হায়য়ে। শারেং পুহান নিংথৌনা লমখাংদা চারে। গুরুনা ইচানে হায়দুনা শারেং পুরে ঙাচাপুঙ কৌয়ে। শারেং অদুবু মরম তল্লময়ে হায়বগী ঙারমপাক কৌয়ে। *(থাঙ চীঙোইরোল)*

## ঙাচিংপাৎ

মোংবা মখনমদি হৈরেম ঙাতাবী খুঞ্জান লোংখোনবীনা। লৈতাং কাওবী শল ব্রাংনুরোল শমফবী লেমলৈ হিংনা তংবা ঙাবু হৈরকয়ে হায়না হৈরেম মতাঙাইদা তাকঙময়ে। লেমলৈ ঙাচিনপাৎ ও থোন্নেয়ে। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*তুরেল তোরৈ অমদি হৈরম খুঞ্জানগী লোংখোল্লগা ঙা ফাবীনা খচিং কৌবা ঙা ফারকই হায়না হৈরেম মতাশিংদা তাক্লম্মী। অদুগীদমক ঙাচিংপাৎ থোনখি।*

*লৈতাং ... ঙাবু - ঙাচিং, খজিং। হৈরকয়ে - ফারকই। মতাঙাইদা তাকঙময়ে - মতাশিংদা তাক্লম্মী।*

## ঙানখম সেনয়াল

খুমন খোঙকনয়াঙনা লংমাই লীকব্রাইরকঙৈতা। লংমাই সিংলিয়াঙনা য়িনতাললকঙৈ। খুমন খোঙকনয়াঙনা লীকলাং মহুৎসিনকুম তরেৎ সেনপুলমাবু য়াললমএ। ঙানখম সেনয়াল ও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*খুমন খোঙকনয়াঙনা নোংমাইজিংদগী লীক হুরকপদা নোংমাইজিংগী সিংলিয়াঙ কৌবনা কন্না তান্নরকই। মদুদা খুমন খোঙকনয়াঙনা লীক্কী মহুৎশিন্দুনা শেল মপুল অমা য়াল্লম্মী। মরম অদুদগী ঙানখম শেনয়াল থোনখি।*

## ঙানখম নাউদাচুম

মৈতেংঙু লোইনাই থব্রানথাবদি নোংয়াই লমজল্লুবদগী ব্রাকয়ে মৈনাওন তোংজেং লুনা হন্না লাইরেল মরান ওন্দেরক্লে। ইদাইরেমশিং ও মোংবা তোরৈমা অসিদি করম চুম্বু চুম্বনো হায়না শোল্লময়ে। অদুনোংগীবু

ঙানখম নাওদাচুম ও থোন্নরময়ে। মোংবা তোরৈমা অসিদি করম কোনবু কোনবনো শোল্লময়ে। অদুনোংগীবু কোন্না অচনবাও থোন্নয়ে। ***(থৌরান থাবা হীরান)***

## ঙানখা সারানথোং

নয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ য়াইপি পললোই তানপানা কেকে হারেপকে মোইরাং ঙাংঙোইহাথকে হায়পাকী মালেম লৈসেমপাপু। কোরৌ নুমিৎ মঙানি সুরপাতা মপল খোইয়ম লাইয়িংথৌ অৱাং পাখংয়োইরেনপাপু পাউথেমচাখিয়ে। নপারী ঐনা কেকে লয়সেমপাপু ঙাংঙোই লয়রেপ ফারে। কোরৌনোং অমাপু মালেম লয়তাতানা মিৎয়েং সানখৈপিরমলাও হায়না পাউথেমখোনকী। চীংঙু নোংথৌ সরারেন অৱাং পাখং য়োইরেনপানা কোরৌ নোংমতোল খোইয়ম লাইরৈপাকতাকী মালেম লৈতারকলে হায়তাপারা। মপারি নোংথৌ খোইরী নাৱা খোয়তাং সিকপানা। য়াওরৌ কাংক্রকসা পুমনামাকা লেমলৈ ঙাৱা ঙাপুম্নমাকা খরাই লুথোংথকতা হাপনা। য়ংলৌ লমখাঙমতা থোঙলেন তিংপীথকতা য়াওরৌ সাপু লাননা লমওকঙাময়ে। কেকেনা তেংথানা মোইরাংনা মীকৌনাপাতি অকুৎপাপুতি অরানপাৱো কৌয়ে । অতুনোংকীবু ঙানখা সারান থোংৱো তৌনা কৌয়ে। ***(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*নবুধৌ য়াইপি পনলোই তানপা লাইনিংথৌনা কেগে মোইরাংদা চাদা নাউদাদুনা খুন্দানবা লৈশেম্ববু নুমিৎ মঙানি শুরবদা মপা অরাং পাখং য়োইরেনববু কৌজখি । নচানা কেগে ঙাংঙোই লৈশেম্ববু লোইরে নোংমতং লাক্লুনা য়েংবীরো হায়জখি। লাইগী নিংথৌ শোরারেন্না মালেমদা কুম্লকলে হায়দবরা। নোংথৌ খোইরী নাৱা খোয়তাং সিকপানা কাংক্রক শা পুম্নমক্কা ঙা ঙাৱা পুম্নমগা পোল্লাংদা হাপ্না লম্বী অকুৎপগী থোংমথক্তা শা লান্দুনা ওক্লম্মী। কেগে মোইরাংনা হায়না কৌনবদি অকুৎপবু অরানবা কৌই। অদুগীবু ঙানখা সারানথোং ও তৌনা কৌয়ে।*

## ঙানান কোন

লয়রায় মুংপিমাতি মৈতেংঙু থাংৱাই নিংথৌ মুংয়ামপানা। লেমলৈ পরোংমাঙ ৱানচেং সৌরাই পানতাপা ঙানান মীমানপাপু য়ামনা ফায়এ। অতুনোংকিপু লেমলৈ ঙানানকোনও তৌনা কৌএ। ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*লৈরায় অতোংবা অমদি মৈতৈ নিংথৌ মুংয়াম্বনা ঙা মশোং মকু পান্দবা ঙানান কৌবা ঙা মীমানববু য়াম্না ফাই । মরম অদুদগী ঙানানকোন কৌখি ।*

## ঙাপুরুম চীং

য়োইমোংবনা তুদৌঙৈদা নোংচুপলম ঈশিং চেল্লময়ে। মনাও তাওথিংমাংনা ফম্বাল কারবদা নোংচুপলমদা চেনবা ইশিং অসিবু। সোরারেল তরেৎমানা লৈখারোল তরেৎমা তরামরিবু চিংনা কৌথোকতনা। নোংচুপ চেনবা ইশিং অসিবু খানা পাংনা চেনহনসে হায়রবদা । সোরারেল তরামঙামনা হায়নৈয়ে। মমিংসুঙ তাওথিংমাঙ কৌও হায়রে। মায়াম্না য়োইমোংববু নোংচুপ লম চেনবা ইশিংবু থিংহনও হায়রবগা । য়োইমোংবনা লাকপা ইরমদি য়ুহিখোংইন্না লাকয়ে। লৈয়ুখোংদি তেলাওনে য়ুহিখোংদি লুৱাউবাখোংনে। লাইরেল পীনাইবা তরেৎমানা ইনখৎলকয়ে। ঙা মরম লৈবাখৈবিক ইনখৎলকয়ে ঙানা পনথিংলে। লাইরেল পীনাইদবা তরেৎমানা থক্তা থোল্লে। কৌবরেলগী খুয়ানে থংচিঙগী খুয়ানে পীনাইদবা তরেৎমাগী মথক্তা নন্না থল্লময়ে। অদুগীদমকপু ঙাপুরুম চিঙ কৌয়ে। ***(লম্মীংলোন চেথুপ)***

## ঙাপুরুম

মৈদিংঙু খাগেম্বনা পানবা মতম চোংথাম তেনবগী কুম শক ১৫৪৯ দা মরিংখুনবীসুং করোংথেনসুং লমলোংসু কাংওইসু খুঙ্গং মঙামক খোমদুনা ঙাপুরুম লিংএ । *(চৈথারোল কুম্বাবা)*

## ঙামচৌ খুল্লেনলৈ

*সরপুং থোনবদা য়েংবীয়ু ।*

## ঙামু পাংলংমৈ

লেমলৈ ঙানাপঙ ঙামু পাংলংমৈনা কোরৌ নোংবু পাংনা য়েংলময়ে ঙামুপাংলংমৈও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## ঙামৈ

নোংনেম লাইনা পাংবলম কৌবা চীঙনুংসি তপুং পুবৈ চীঙতোমপোক কাইরৈ য়েনপুমতম্মু লুগা লেংগা কক ফৈগা সাগাতুপ মনুং মনাক মথিক লেন্না মচি সল্লাই ময়েলপুং । চীঙঙু খমচিংকোল তুবি চীঙয়া ফৈথিংবনা তুবি মৈরেন মাবু চিক্লা কোলখাবা। লাইনা কোল্লে কোলখাপুং ঙামনা চেপনা লৈঙমএ হায়বগী ঙামৈও কৌএ । *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*অরাং মাযকৈদা লৈবা পুক্লীং নুংশিরবা কৌক্রু চীংগী চীংদোমপোক্তা য়েনবু মকোক, মশা, মখোঙ কক্তুনা, মথিক মথা খায়দুনা মচিন মনাও, শল্লাইশিং য়েন্দুনা চাখিবা পুঙ, খমচিংকোল কৌবা চীংয়া ফৈনা থিংবা লাইনা মমৈগা ময়াগা চীক্লা কোয়শিন্দুনা কোলখাদুনা ঙাকপা পুঙদা ঙামনা চেপনা লৈরম্মী হায়বগী ঙামৈ কৌই।*

## ঙারংয়াল

লমলেন ফেনমতাক ঙারংয়াল ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লংমাই কোকপা তেলতোংয়ালনা লাপা খুমলপু য়াংতৌ সারম লীনা য়াওরৌ সানাপাতা। তিমেল মখুৎসুবু য়াওরৌ সা সাঙাই সাঙাইতুঙাংঙাতা ফেলচল থাববু লাপা সীঙনা খললে। খোকলাং তামৈলাককে লাকয়োনলে তিলমেল তামায় পায়গে পায়য়োনলে। সেললোই ইপাচা লংমাই ইয়েললুসিংও তিলমেল ইখুৎসুবু য়াওরৌ সা সাঙাইদা ফেলচিললবনে তাকলময়ে। অদুনোংগীবু লমলেন ফেলনমতাকও থোন্নয়ে। লংমাই কোকপা তেলতোংয়ালনা লাবা খুমলবু য়াংদৌ সারম লীবদা য়াওরৌ সালাং য়াললময়ে । সেললোই মীকৌনা লংমাই তেংথানা সালাংবুদি ঙারাং ও কৌয়ে। অদুনোংগীবু লমলেন ফেলনমতাক ঙারাংয়ালও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## ঙারাকোন

ঙারাকোনতা মথিলেনও কৌপাতি কতৌনোংকিনো। পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ থংতা খুমনথেমসু সেনপি তেখাউঙমপা। হুয়েন লোনলোই থাফপা তুপী চরাইরোংপা। খোইয়ম লাইমিংথোংপু সাইওনপা। উমপী

তুয়োংঙমপা মসেম য়িমচঙয়ানপানা। লাইরেল মরোং চুঙসুতা তিমেন তাসুতানা। খুচুং চাপুতাপাপু সোঙকিতা চীসাংখোকলোয় হৌপাপু সোঙকাঙতানা। তুপি চীংনুং য়াপুলেক ফায়েং নোংপুফাইনা লেমলৈ ঙাতা নোংতা। মতাইরেম খাপা ঙাথিপা লাইচা য়িনসুপা য়িনফুইতোননা লংপানা। য়িনলেন থাকুপহৌনা লেমলৈ ঙাথৌ তানপাতা। ব্রানচেং খারাপা ঙারা লৈখুন চঙপাপু লেমলৈ ঙায়াম ফায়এ। ঙারা পৌতোংয়াননা লেমলৈ অচঙপাতি ব্রাকয়ৈ হিতুপ হোননা লাইরেল থিংলৌ নীংনা তেরকলে। অতুনোংকিপু তুপি চরাইরোংপা লেমলৈ ঙাতাব্রাই ঙারা কোনতৈপা মহীথেন তিংতৌ খোংমিতাং লেমলৈ ঙারাকোনও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## ঙারেনকোন

লেমলৈ ঙারেনকোনও কৌপাতি। হাওরৈ খানা পাংপালমকি ঙারেন কোকপাকপী চানা লমলেন কৌপা য়িমরুপু য়িনতাললকপাতা। লয়কু য়ারেকলমএ লয়রায় নোংথোইপাতা লেমলৈ অহুকপা ব্রানচেং অহাপাপু লমওকনারে। ঙারেন কোকপাকপীচাসু য়ামনা ফায়এ। সমু খোঙনা পুকে পুঙমতে ব্রাকয়ৈ হিনা হোনকে হোনঙমতে। লয়রায় মুংপীথকতা কোনপু ফানা পৈরমএ। লমলেন ঙারেন কোন ও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## ঙাসিংপাকোন

মোংপা তোরয়মাতি। অসাইঙৈকী লায়ান নিংথৌ খানিকপা মপারী ঙাসিংপা মরৈপাপু। সমু তুংতালয় পরয় লানকা সানা কোনপু খানা হাৎনরে। লমলেন ঙাসিংপা কোনও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## ঙাহৈ

মোংপা তোরয়মাতি অসাইঙৈকী নোংয়াই চাউপল চনুকা অতোন সাংপম চুনুকা লেমলৈ ঙাতাপাতা। লেমলৈ অহুকপা ব্রানচেং অহাপাপু লমওকনরে। ব্রানচেং পুঙমতা লেমলৈ পুঙমতাপাকী । ব্রাকয়ৈ মখুনেৎতকী লেমলৈ মঙালুকনা চেপনা কোৎনা লাইচা য়িতা হৈথরমএ। ঙাহৈও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## ঙাহোনসোয়

তোরয় নমসাংমাতি হাপসা ঙাহোনসোয়ও কৌপাতি । খেনতে নিংথৌ হাউতক লায়পানা খরায় চাংতোল খল সোয়রেল খমখাংলৌনা সোয়সেনঙৈতা । হুইতৌ নিংথৌ য়েনব্রাইপানা কাওরেন সনপুমমাকী ঙাব্রাললে । লেমলৈ পুঙমতরাপাকী ব্রাকয়ৈ মখুনেৎতা ফাহাপনানা হোললকএ । হাপসা ঙাহোনসোয়ও কৌএ ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## ঙায়ানচীং

লংমাই চীংলেন নাপোম্মদি লংমাই ঙায়ান চীংও কৌবদি কদৌনোংগীনো । ময়ুম নোংয়ায় খুমন্না শেল্লোয় মখলমা লংমাই মদাইমা অসিবু নোংয়ায় ইরমখৈ অদোন ইদুয়াবু ওইনগে হায়না লেমলৈ ঙাবু য়ান্না থমলমমে। অদু নোংগীবু খুমন লম কারাম্বা লমচলব্রাই লংমাই ঙায়ান চীংও তৌনা কৌএ । *(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

## ঙাংখম নাউতাচুম

মোংপা মতাইমাতি ঙাংখম নাউতাচুমও কৌপাতি । নোংয়াই চাউপম চনুকা অতোন শাংপম চনুকা লেমলৈ ঙাতাপাতা । নোংয়াই চাউপম চনুনা মরান ওনতেখিএ । অতোন শাংপম চনুনা খোয়নৌ য়িতাও । নতা ঐতি লেমলৈ চাসিৎ ফংতারিএ লুকলাংমনিঙ কোয়তারিএ ঙাইরাখিও হায়না থৌখামপাপু নাতাদরে । খোয়নৌ য়িতা নোংয়াই চাউপম চনুও । নঙনা হাননা নচেঙ হলব্রাই খিপাপুসুং মোমনু য়াব্রা সিনপুমাতি ফংঙমলোইএ। উনথম চৈরৈ ফিরেনমাতি ফংঙমলোই এ। হায়না অতোন শাংপম চনুনা পাউমেনপাপু । চিনকোয় ময়াথংপু নাচুংতানা নাতাখিএ । ঙাংখম নাউতাচুমও তৌনা কৌএ । ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*লৈরাই অতোঙবা মফম অমদি ঙাংখম নাউতাচুম কৌখিবদি । খুমন লৈবাক্সী চাউপম শাংপম চনু অনীনা ঙাখিবদা চাউপম চনুদি ঙা চারা ফাববনিনা ময়ুমদা কারক্লবদা, শাংপম চনুনা হো ইতা ঐদি ঙা চারা ফাবদি লায়রদুনা লুক মনীং ফাওবা শিন্দরি ঙৈহাক্তং ঙাইবিখো খামজববু তাবীদরে । ইতা চাউপম চনু নংনা হান্না য়ুম কারগা ফি শারবসু নাং অমা ফাঙমলোই । নিংথমথাগী ফি অমা শাবসু লোইবা ঙল্লোই। খুমন শাংপম চনু মতানা হায়জ ঙাংজববু তানা তানা থৌশাখিদে । অদুগীদমক ঙাংখম নাউতা চুমও তৌনা কৌখি ।*

## ঙাংখা চীংনুংসোয়

ঙাংখা চীংনুংসোয় ও কৌবদি । চীংঙু চীংসেম্বা মালেম লৈহৌবনা চীংলেন পললং অব্রাংববু সালসেমকে হায়ববু । ইনুংকৌপা চীংনুং সোয়বনা হাল্লে হায়বগী ঙাংখা কৌবা চীংনুংসোয়ও তৌনা কৌএ ।

***(মোইরাং লৈকোই পুঙ)***

## ঙাংখা লম্মহন

(১) লাহন্নোং গুরু শিদবনা মোইরাং কংলৈ শেমগে হায়না পাম্বা কৈরেন অথৌববু লাংকোই ওইনা লাকপবু ইনুং ঙালবনা হালবগী হলব্রাইখরে । অদুনোংবু ঙাংখা লম্মহন ও কৌখিয়ে । ***(মোইরাং লম্মীংলোন)***

(২) কেকে মোইরাংলৈমা লাইতোন লৈমা খাংনৌপী কেগে লৈমা অঙনপী মোইরাং সংকন অরেমপী খামপী লৈমা কোংয়ামপী লব্রাই হৌচেনপাই ঙাংসোইপা ফাপীকা । ঙাংখা লৈমা য়োইরেনপী চোথে নিংথৌ চারেংপা ফাপীকা । সামন লৈমা নামোইনু লোনফু লৈমা মৈতৈনু মতুনিংথৌ খাকারাচা অচানপা । চোয়নৌ সনা হেনখাঙনপা কিয়াং লিকফাংসিপাকা ফুয়মননাপীকা । লোইপী পানথোংঙমপী হুয়েল অরুরেং ফাপীকা । ব্রুরা লোকনুসু সাচুন ঙানপী লেংকা তানফংপীকা লাইচিং তোনুসু মহৌঙমপী অরুরেং ফাপীকা নিংথৌ মৈরাচনু লৈমা হামচাউপী লোইপী চাপং ঙমপী হুয়েল চীংমাইপা ফাপীকা কেকে মোইরাংলৈমা তরেৎমানা চোয়নৌ সনা তেংকোৎপু লুতা থোংনা মালেম লৈহোনখিএ । মোইরাং ঙাংখা লয়সেমখিএ । অতুনোংকিপু লমলেন মতাইমাপু কেকে লাইতোন লৈমা খাংনৌপী পুই তুখোং তৌপীতি খোংতৌরম। মেনতাক লমথোনপীতি লমথোনব্রাই মোইরাং ঙাংখা লয়সেমপারো তৌনা কৌএ । ***(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*মোইরাং নিংথৌ ইথাই কাইরেম্বগী মতমদা মোইরাং লৈবাকতি য়েক্লা তিংখং লৈহন্দনা নুংঙাইনা পাল্লি । মাগী মতমদা তু-খোং তৌবা লম্বী থোনবগা লোয়ননা মোইরাংগী ঙানখা লমনচিংবা শেমখি ।*

## ঙাংচেং মন্থিরোক

ঙাংচেং মন্থিরোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো । তম্ফা ব্রাংঙমলোন পাম্ভোইবীনা মদু লাইপাখং তরেৎমাগা খোয়নৌ মতারোয় তরেৎমাগা । খাবা মরানয়ায়বু য়াংগোইরোই হায়বগীদমক লোন্না থুপ্পা ঙাঙনরমএ । অদুনোংগীবু ঙাঙনরোকও তৌনা কৌএ । মুব্রা লোকলেনকোল ঙাংচেং মন্থিরোকনে । *(লাঙ্গোল চীঙ্গোইবা)*

## ঙাংলৌ

(১) শকাব্দ ১৮৬ তা মৈদিংঙু তাউথিংমাংনা নিংথৌ ওই । তাউথিংমাংগী হাকথক্তা ময়াম্বা য়োইমোম্বগা লোইনদুনা মণিপুর লৈবাক্কী তুরেল খিবিক অসুম তৌথখিবদা, লিলোং য়ৌবদা অঙোম শাগৈ ফুনাল তেলহৈবা কৌবা অমনা, ঐগী লমদা তুরেল তৌফদে হায়বদগী ময়াম্বা য়োইমোম্বনা নোংচুপ পাংনা তৌথখিরবদা । মনাউ তাউথিংমাংনা ইয়াম্বা কয়া কুইখ্রবগে হংবদা, ফুনাল তেলহৈবনা কুইখ্রে হায়না খুমএ। তাউথিংমাংনা ইয়াম্বা ফংন্নবা তুবৎশমগে হায়বদা ফুনাল তেলহৈবনা ইরমনি চৎফরোইএ হায়দুনা লান শোক্লেএ। ফুনাল তেলহৈবগী তেলনা তাউথিংমাংবু কাপখাইএ। খোইরি লিনশাং থোক্তুনা ঈনা ইঙাং ঙাংনা তাউথৈএ। অদুগী ঙাংলৌ কৌখিএ। *(চৈথারোল কুম্বাবা)*

(২) কম্বোং চেংখু চেংয়াম্বী মপারি তরামঙামকনা চামলৌ লাচেন্নগে লাংবদা খুঞ্জান লাইরুচেঙ শিলহৈবা চনু লিনগোইগী নোংয়ায় লীকমন লাম্বুবনা কম্বোং নপারম লংমাই নপুরম্বু নত্তে। নোংয়ায় ইপারমদা করিগী চামলৌ লাচেন্নরগবনো হায়না কোয়না কোয়না তান্নরে কোইচীংও থোন্নেয়ে। মশম মনা ব্রায়না ফারে ব্রায়থৌও কৌএ । মশা লাকনা চিংখৎলে শাজিংও থোন্নেয়ে। অমা লোংনা কমলে লারোংকোন ও কৌয়ে। পুৎথা পুৎথা তান্নরে খমপুৎও থোন্নেয়ে। চিংলৈতোন শাথিবা খমলৈতোন লৌথীববু খম্না ফারে চীংখম লমলেনবা ও কৌয়ে। কমবোং মহি নাদা শিংদা ঙাঙনা কারে ঙাংলৌও থোন্নেয়ে । *(চাদা লাইহুই)*

*লাচেন্নগে লাংবদা - লা হেক্কে থৌরাং তৌবদা । নপারম - নপাগী লম । নপুরম্বু নত্তে - নপুগী লম নত্তে। কমবোং মহি - কমবোংগী ঈ । নাদা শিংদা - নাপী শীংবীদা । ঙাঙনা কারে - ঙাংনা তোৎলে, তৈরে ।*

## ঙিংলাউপী লৌকুমলম

তমপা তুপী ঙাঙয়েক চনুকা অঙৌপা চিংলেল শোমপা নিংথৌকা তমপা খুচেংহংচিরাকনা ঙকশম লুমলাং কোননাতি চিল সনা চিলওকনানা । শানৌ তমপা লাইরেম্মাও খাপানা মাঙথানা য়াংপানা তুংইননারকঙেনে। খাপানা উকনি য়াংপানা খঙকানে অব্রাং লাইশু চিঙনামুং ব্রাঙতৈ হামেঙ ঙম খোইমোম লাইচীশোক ফিপূল ঙাইরালচিঙ তমপা মৃকতমথেল থাঙঙা উরালচিঙ ঙাংচেং মমপীরোক্ত ইশানৌ তমপা ব্রাংঙমলোল খোইমোম লাইরেম্মা নঙসুঙ শাম্বুপঙামও। নশাপি অঙৌপা ঐতি শেনপী কপোচা লাংপল খুনুথেমপাপু শানা কোনখা ফৈশোমনরককে । কৌপা মতাইমাতা লমওকনসে হায়না । অঙৌপা মশাপি কাইনও চিঙশোমপাতি ঙাংঙাঙ লাওনদি খমকোল নোংলৈ ওইখিয়ে। অতুনোংকিপু ঙাং লাউপা লওকুমলমও তৌনা কৌয়ে। মশানৌ তোইপী তংকান চনুসুঙ ঙিংঙিং লাউনা লাকলকয়ে। ঙিংলাউপী লওকুমলমও থোননায়ে। *(পাম্ভোইপী খোংকুল)*

*মঙাংচনু পাম্ভোইবীগা নোংপোক নিংথৌ অনীনা খুজেং খুজেং পায়নদুনা ঙকশম কোনশিন্নরগা চিনচুপ্পনা পাউমেন্নরকই। ইবেম্মা তম্ফা লাইরেম্মা খাবনা মাঙ তুং ইন্নরক্কনি। খাবনা উখি খঙখিগনি অব্রাং মায়কৈগী*

*মতিক ময়াই লৈরবা লাইশু চিঙনামুং রাঙতৈ হামেঙঙম খোইমোম লাইচীশোক  ফিবুল লোকপী শান্নফম নিপাশিংগী মুক্লা তমফম থেন থাঙঙা উরালচিঙ ঙাংচেং মম্বীরোক্তা শানৌ তম্ফা নঙসুঙ লোৎলম্মু। নশাবি এৗদি কবো মচা খুনুথেমবা শাদুনা ফৈজোম শেংতুনা লাককে। কৌপা চীংগী লমদমদা উনসি হায়রল্লগা নোংপোক নিংথৌদি ঙাংঙাঙ লাউনা নোংলৈ নুংশিং ওইনা চংখরে। মরম অদুদগী ঙাংলাউব লৌকুমলম কৌখি । মশানৌ পাম্বোইবীসু ভিংভিংলাউনা লাকলে । ভিংলাউবী লৌকুমলম থোন্নখি।*

## ঙেলতে

ঙেলতেও কৌবদি কদৌনোংগীনো । মেলতেমিংখা মেলতোং নুংকাইচীঙগী মরাল খুল হোংলকএ । অদুনোংগীবু লোইবী মনিল নাইবনা ঙেলতেও কৌএ। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

## চকপা কাওত্রুক

শেলোই লংমাইদা চকপা খুঙ্গং তরা তারম্ববু খুনখাইরকই । চকপা কাকৌরিঙবনা চিংদুনা কাওত্রুকতা খুন্দাইয়ে। চকগা কাওত্রুক কৌয়ে। *(চকপা খুন্দারোন)*

## চকপা ফায়েং (ফৈয়েং)

চকপা কাংলুপ অমদি ফানাসেলগা হুন্নাসাংগা অনিমক্লা চিংদুনা ফায়েংদা খুন্দায়ে চকপা ফায়েং কৌয়ে।

*(চকপা খুন্দারোন)*

## চকপা থোংজাও

চকপা কাংলুপ অমা খারাইবগা খারাইখুকা অনিমক্লাচিংদুনা থোংজাওদা খুন্দায়ে। চকপা থোংজাও কৌয়ে।

*(চকপা খুন্দারোন)*

## চকপা থোংখোঙ

মৈদিংঙু নাওফংবা সনা মহাকথক্তা লংমাইজিংদা চকপা খুঙ্গং তারা তারম্ববু খুনখাইরকয়ে। চকপা আসাংগা আহলগা অনিমক্লা চিংদুনা থোংখোঙদা তায়ে। চকপা থোংখোঙ কৌয়ে । *(চকপা খুন্দারোন)*

## চকপা খোংচি

মৈদিংঙু নাওফংবা হাকথক্তা সেলোই লংমাইজিংদগী খুল খাইরকতুনা আরোক্কা অখুগা অনিমক্লা চিংদুনা খোংচিদা তায়ে। চকপা খোংচি কৌয়ে। *(চকপা খুন্দারোন)*

## চকপা থৌবান্দোং

মৈদিংঙু নাওফংবা সনা মহাকথকতা লংমাইজিংদগী খুল চাইনরক্তুনা খুন্দারকপদি। মাসেমতোং হুন্নাচেংসাংগা অনিমকনাচিংনা থৌবালদোংদা তাইয়ে হায়বগী চকপা থৌবান্দোং কৌয়ে। *(চকপা খুন্দারোন)*

## চকপা লৈমারাং

লংমাইজিংদগী খুনখাইরকপা চকপা কাংবু অমা লৈসিহাগা লৈসিখুগা অনিমক্কা চিংদুনা লৈমারাংদা খুন্দায়ে। চকপা লৈমরাং কৌয়ে। *(চকপা খুন্দারোন)*

## চকপা শেংমাই

(১) সেলোই লংমাইজিংদা চকপা খুঙ্গং তারাশুনা খুন্দারম্বদগী। মৈদিংগু নাওফঙবা সনা মহাকথক্তা চকপা লাখাইগা লাশেলগা অনিমক্কা চিংদুনা ইনমশেংদা তাইয়ে। চকপা শেংমাই কৌয়ে। *(চকপা খুন্দারোন)*

(২) পাখংববু ইরিক ইকোং শেংবীয়ে হায়বগীসুঙ শেংমাই কৌয়ে। *(চকপরোল)*

## চন্দ্রখোং

মহারাজ ভৈগ্যচন্দ্রনা লেংখুদসুঙ থুমখোং তৌদুনা হুকয়ে। মমিংদি লাইরেল মৈদিংগু ভৈগ্যচন্দ্র মমিংব্রাইনা চন্দ্রখোং কৌয়ে। *(চকপা খুন্দারোন)*

## চফুমাঙ

তোরয় নমসাংমাতি। মৈতেংগু সেনপী মুংয়ামপা খোইয়ম লাইমৈচীংকী সেনবী নিংথৌ চামমা ফানা সেরম য়েংতপাপু লময়েংকে হায়ঙৈ। লাইরেল ব্রাকয়ৈ মখুনেৎ তেখাউঙমপা চৌকোংফাপাপু ব্রাকয়ৈ খোঙওইননা। লোইবী চৌব্রাই কৌপাপু ব্রাকয়ৈ তেংমায়থকতা সমু তুংদা লয়না পুললকপাপু লাইচা য়িফাই চললে। মরম চৌব্রাই কৌপাতি লাইচা য়িতা তারে। লাইরেল তরা মচাকফুসুং মাঙলমএ। মরম চাব্রাইতা মুংয়ামপা চফুমাঙও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*তুরেল মরিন অমদি মৈতৈনিংথৌ সেনবী মুংয়াম্বা (খৃ: ১৫৬২ - ১৫৯৭) লাইগী লাইমৈ চীংদা করো নিংথৌ চাম্ম ফাবনা সেরম কৌবা লম য়েংশিন্নবগীদমক নিংথৌগী তেখাউঙম্বা চৌকোংফাবা কৌবা হি তোংদুনা চীংমী চৌরাই কৌবা অমসু মখুৎ তুংবুন্নরগা পুরকপদা হি অদু ঈশিংদা লাক্লে। চৌরাই কৌবসু ঈশিংদা তারে, নিংথৌগী চাকথোং চফুসু মাঙখরে। মরম অদুদগী মরম চারাইতা মুংয়ামপা চফুমাঙ থোনখি।*

## চমফুং

লাহন্নোং হয়িঙৈদা কৌবা অঙাংঙানা কোংলৌ লমখাংবা সাবল লমথোকপদা। ওইনাম নুরাবীনা কম্বি ফুকাপৈ লোল্লাং পাখংবনা লেমলৈ ঙাগা পৈনা পনম হেকমাই কাঙৈদা। তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখংববুদি লৈনুং লোনচা অরিবা কৌয়ে। হে কৌবা অঙাংঙাও করিগীদমকপু খাবা উললেলহৌ য়াংবা নুংযুং চেপলোইনববু উদবরা করিগী পনম হেকমাই কানিংবনো হায়না তুবি মৈনা কোল্লময়ে। ফালৌ লাইমকোলগী মরাল ওন্দেরকপদা চিনকোই পাওরলননা ব্রায়াম পাওয়াম্ববু ব্রাবু লানবু চম্লরে হায়বগী চমফুংও কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*থায়নঙৈ কৌবা অঙাংঙানা লময়েংঙৈদা। ওইনাম নুপীনা কম্বী চফু পৈরিঙৈদা লোল্লাং পাখংবসু ঙা পৈদুনা ইরাংনাপন তৌদুনা লৈরে। নোংদা লাইরেল পাখংববু লৈনুংলোনজা অরিবসু কৌই। হে কৌকু অঙাংঙা*

*মবুক ফত্রবা তমথীরবা অঙ্গংবা উনগুম্না খাবানা অয়ুংবা নুংবু ইম্বুরিবাসি উদরা । করিগীদমক লমহাংদা ইথক ইরাং হৌদুনা নাপন কানিংলিবনো হায়না মমৈনা কোল্লম্মী । ফালৌ লাইমকোন্দগী ময়ুমদা হল্লকপদা ব্রায়াম ঙাঙনদুনা খৎনববু চমথোক্লরে হায়বগী মফমদুবু চমফুং কৌখি ।*

## চরৈরোক

হেম্না চরৈরোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো । নয়ু মৈতেংঙু সেনবী খাগেম্বনা চারা ব্রা হায়না অচেপ পাওমেন্নগে হায়না মারাল থৌচৎলকপদা লোইবী চীংখাং লাল্লবদা। লাইজ মথিনাই ইমু মরাঙ হৌঙম্ববু । লাইরেল মৈতেংঙুনা তায়িমসা লাইজ মথি নাইবা অসিদি খোইমা চরৈ তাকুময়ে হায়না পাওমেনঙমএ । অদুনোংগীবু হেম্না চরৈরোকও তৌনা কৌয়ে। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*চীংগী লোক অমবু চরৈরোক কৌবদি করিদগীনো । মৈতৈ নিংথৌ সেনবী খাগেম্বনা (খৃ: ১৫৯৭ - ১৬৫২) চারা অমসুং অচেপ খুন্দা ব্রারী শাননবা লাকপদা চীংলোন অমা লাল্লকপদা লোক ঈশিং চাউদুনা লৈরমলে। মৈতৈ নিংথৌনা ইনাইশা ঈশিং চাউরকপগী ঈরৈনা কোন্দুনা তাশিনবা অসিদি ফি তাশিনবগা মান্নে হায়রম্মী। নুমিৎ অদুদগী হেম্না চরৈরোক কৌখি।*

## চংবীরোল

হেমপা মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংবুরোই লাংওল্লকপদা। চংবী লাপুনসি পুনুং লারোন য়াম্ববু চীংশাং নাকপক থন্না ওংঙামএ । লোইবী চংবীরোল ও তৌনা কৌএ । ***(পোইরৈতোন খুম্বোক)***

চীংগী লমদম অমদি চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংশিংদা লাকপদা চংবী কৌবা লফু লা মরোন য়াম্না শিগন্দববু চীংমাইথন্না হৌরম্মী হায়বগী চীংদুগী মমিং চংবীরোল কৌখি।

## চাইনপুং

লাহালনোং চাইরেল নিংথৌ য়াওফুরাকপগা মপাতাও হৈরেম লুমচেং তাওবগা । তাল্লোই খম্বনব্রাগী খোল্লাং লমজৈথা শমু খোঙকাপনখি । মালেম লৈয়িলৈখেৎনা ব্রাংলৈ খোমলান্না তিলমেল তাদোনথক্তা তারা চাকলান্না ব্রাংলৈ খোমহালনা চাইনা খোংফেন্নরময়ে। অদুনোংগীবু লমলেন চাইনপুংও তৌনা কৌয়ে।

***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*থাইনা চাইরেল নিংথৌ য়াওফুবাকপগা মরুপ হৈরেম লুমচেং তাওবগা মতু মিহৌনবা ব্রাদগী তাখোক লমজৈ ওন খোঙকাপ মশীংথী , লৈবাক্তা লৈইচিংদুনা য়ু লান্নদুনা তাদোনথক্তা চাক লান্নদুনা চায়নরম্মী। মরম অদুদগী চাইনপুং কৌখি ।*

## চাইরেন

চাইরেন থৈশং কৌবা মথৌনা ফরবা নিপা অমনা মতম য়াম্না চংনা পুং অমা থোল্লম্মী। মাগী মমিং লৌদুনা পুং অদুবু চাইরেন পুং কৌনবদগী পুং অদুনা লৈরিবা মফম অদুসু চাইরেন কৌনখি। ***(লম্মীংলোন )***

## চাওবী য়োইনাও কোল

কংতা লৌরেলবদা য়েংবীয়ু ।

### চাকচাশোয়

চাকচাশোয় কৌবদি সলামগী মপুনা লোৎলমএ হায়এ । চাক চায়ে চাকচাশোয় কৌএ। *(থাঙ্গা লম্মীংলোন)*

*সলাম শাগৈগী মপুনা লোত্তুনা চাক চারম্মী হায়বগী চাকচাশোয় কৌখি ।*

### চাকখাক পুং

মোংবা মদাইমদি। লোয়য়ম লাংথা ঙমবানা ময়িম কেগে মোইরাংনা পোইরৈ খুনকারকপদা । তরা লুকলেন থানা মায়খঙঙমএ । মোইরাং চাকখাকপুংও থোননৈএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*তুরেল তোরৈ অমদা লোয়য়ম লাংথাঙম্বনা মোইরাংগী মীশিং মৈতৈদা লাকপদা চাক চামিন্নদুনা শকখঙনরম্মী। অদুদগী মোইরাং চাকখাকপুং থোনখি ।*

### চাকথোক

নুংপাল চাহুই লৈরোং পাম্বগা মরুমবী খুৱাং লাংমৈরেমবগা খোয়মা নারোন্নুংদা তারা চায়োম থোকলময়ে হায়বগী চাকথোকও থোন্নয়ে। *( থাঙরায়রোন)* *কুরাউ হংথোকতা য়েংবীয়ু ।*

### চাকোই

য়াইফুরোন তিমেনবা চনুনা মথংলেন লুৱাংকাংবা নাহা নুসন তাববু ইন্দাল্লকপদা । লম্লেন মদাইমা অসিবু করম কোইবনো সোনলমএ । অদুনোংগীবু চাকোইও কৌএ । *(লুৱাংলোন খোংকুল)*

*য়াইফুরোন তিমেনবা নিঙোন্না মপুরোইবা লুৱাং কাংবা নাহা নুসন তাববু থিরকপদা লমদম অসিবু করমনা কোইশিনবনো হায়না শোল্লম্মী হায়বদগী চাকোই কৌখি ।*

### চাখা ইতোক খুল্লেনলৈ

নয়ুৱা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী শিদববু লৈরিগবরা হায়না । চীংবুরোই লাংওল্লকপদা লোইবী শিদবা হেম্বা নাদববু লৈঙমদে হায়না । শাবি ইতৈলৈমা লৈনাউতাবীও নোংপোক মখনমা হেমপা মদাইমা অসিদা তোকলসে হায়না তোকলময়ে। চাখা ইতোক খুল্লেনলৈও কৌএ । *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

*নবুখৌ চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংগী করম্বা লমদা শিদ নাদব লৈরিবনো হায়না চীংগী মফম অমদগী মফম অমদা লাকপদা অশি অনা থোক্তবা মফম লৈরমদে হায়না লৈমা লৈনাউতাবীদা নোংপোক থংবা চীংগী লমসিদা তোকলসি হায়না তোক্লম্মী। অদুগীদমক চাখা ইতোক খুল্লেনলৈ কৌখি ।*

## চাখা উহকচিঙ

ময়িম নোংয়াই খুমন্না লাইরেল মৈতেংঙু হেমদৌ লোইয়ম্ববু চিনফু লোইনাই কোম্ব্লৌশু ৱাংবল লৈমা নাহুইনুনা নাওৱা মখুঙৈদা খাল্লে লৌতাৱাই । তিনহন হাথলৌ তিনৱাই নোংচেললৌ চাৱাংখম লৈতংপোক্তা মরোং চুঙফুনা তিমেল তা চায়নসে । লমলেন য়াওরৌ তৈতুপালদা কুমলকও হায়না লাইরেল মৈতেংঙুবু য়াহৌরয়ে। মৈতেংঙুদি মরৌলৌনা হৈনা পাওখুমখিয়ে। ইয়ু নোংথোন তেংমাইথিনবা খাফম শিঙশুহনববু কোরৌ নোংগারে। য়াংলৌ থালথোকতরিয়ে শুমায় কংশিরি ৱাংলেন পুংহৌরি । হাওশি মংথিন্দা খুনুং পাওতাকতরিয়ে। আয়িম পোইরৈ  মৈতৈদি শিঙচা ৱাইকোইহৈদে য়েল্লাং থৌচংহৈদে। কোরৌ নুমিৎ মঙানিবু ঙাইখামখিও হায়না পাওখুমখিয়ে । লাইরেল মৈতেংঙুনা ইদাইরেম লংমাইথেম্বা লুকোক ৱাহেঙশুচা খমলাং অশেংখুবা অশেংহলবা অঙৌবা থাঙৱাই লীকশিশুচা নংনাচিংনা । তয়ম নখোই মরিমদি হাওরৈ খানা পংবরম। হৈরাং খোংপাম্বদি খে াংতৌৱাই খোংচা পুঙপামবানা পুঙথোলৱাই হাওচা লা-পাম্বদি লাথাৱাই ইংলেন তৌ পাম্বদি তৌরিংকোনগী অৱাংলাইনা পংবরমদ নোংয়াই নীংদথৌনা খোপখৎলকও। লাইরেল ঐদি ৱায়শেল পুল্লেপাল ঙাংচা চৈহুল্লমবু হুয়েল লান্দাগে হায়না হুয়েল লালথোঙ শিনলবদা । লাইরেল মৈতেংঙুদি ৱায়শেল পুল্লেপাল ঙাংচা চৈহুল্লমদা হুয়েন লান্দাখিয়ে। ময়িম নোংয়াই খুমনদি তৈরাং নাকমপোঙগী চুঙলোং নাথংলোন তিমেল তাপুনশানা লাইজ শান্দেংলবগা ৱাংলৈ খোমহাল য়োংনা তরা চ ায়োম থোকঙামবদা । লাইরেল মৈতেংঙু না থিংলৌ পনজনলে লাবতুকুম পনকোইরে নোংয়াই শিফানিক অদোন নাইফা নিকলে । ময়িম নোংয়াইনা খোয়মা নাদ চঙনা চেল্লবদি থুমনাও কোকপাকপিচা য়েন্নাও য়াঙশংপীচা তালকুমলে । খুমন্না লাইজ ঈদা কুমনা চেল্লবদি লাংবল ঈকা ঙা ঙাশীং খমদৌয়ৈকুম ফানরে । ময়িম নোংয়াইনা শাবল য়াঙবী কানা শানথুপ্লবদি শবি লাইতোঙপীচা হাৎকুম হাৎনরে । ময়িম নোংয়াইবু লাংবল কাওরেল শল লৌচংবা লোইমোম পোমশং শায়বা তালকুম তান্নরে য়াওরৌ লালয়াম থারে । লাইরেল মৈতেংঙু হেমদৌ লোইয়ম্বদি য়াওরৈ তৈতুপান তৈরাং নাকমপোঙ চিনফুরোন নাহুইনুনা নাওৱা মখুঙৈদা খানলৈ লৌতাৱাই য়াওরৌ তৈতুপাল তৈরাংনাকমপোঙতা খৌশাথবদি । হুয়েল লান্নিগীদি নোংয়াই খোয়পুঙ লৌথাংচা লখায় লৌথাংচা থিঙপাই অমাকচাম্বা তোলনা য়েনশিনপাম্বা কাইরৈমা মচা পোনজেংশুচাবু কায়না হুল্লে । নোংয়াই খুরাইশাংচা তিমেল তাশেলখাকনা অচেন খংলৈ য়াঙনা লাপনা পাওমেল্লময়ে। লাইরেল মৈতেংঙু হেমদৌ লোইয়াম্বাও। লাইরেল নশাবী অতোম য়োইরেনবগী মপারি তৌরেনখুবা তৌরেনহনবা অনিমবু লুরক কাঙদৈথি খৌনাও লোনথোঙ লেনলবনে। তুবি নপাচা লাইরেল নয়েল্লুনে য়েনপঙ হিরোয়মাবু চন্নরুও লাকথা লালমিংমাবু থানরুও কংলা লালপাও মাবু তমনরুও হায়না লাওরময়ে।  লাইরেল মৈতেংঙুনা তোইগীদি তয়ম নোংয়াই ইরম্বুশিংও । তুবি ইপাচা লাইরেল ইয়েল্লুতানে য়েনপঙ হিরোই মাবু চন্নফরোই লাকথা লালমিং মাবু থানফরোই কংলা লালমিং মাবু থানফরোইয়ে । লাল্লু পোনচেংনুংগীবু চেংলৌ শকখনলও হায়থবদা । মদাইরেম নোংয়াই মরম্বুনা চেংলৌ শক খল্লবদা । লাইরেল মৈতেংঙুনা মপারি তৌরেন খুবা তৌরেনহনবা অনিমগী তাংজ লুরেনতোনবু চরৈ ফিনা য়োমনা পামেল উরাই হক্কা য়াল্লময়ে। অদুনোংগীবু চাখা উহকচিঙও থোন্নয়ে। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*হেমদৌ লোইয়ম্বা - মৈতৈ নিংথৌ লোইতোংবনা (খৃ: ১১২২ - ১১৫০) নোংবাল্লোন শঙলৈমা পান্নদুনা অতোম য়োইরেম্বা (খৃ: ১১৫০ - ১১৬৩) হেদৌ ইৱানথাবা ( খৃ: ১১৬৩ - ১১৯৫) শারাবা অহুমসি পোকই । ইৱানথাবা কৌদরিঙৈদা হেমদৌ লোইয়াম্বা কৌরম্মী । ইৱানথাবনা ময়াম্বা অতোম য়োইরেম্বা তাম্ব্লোকুনা মৈতৈ নিংথৌ ওইখি। অতোম য়োইরেম্বদি খুমন্দা চেন্দুনা লৈখি ।*

*চিনফু - শরাং নৈশাংথেম, হাওরোক কোম্বৌ চিঙঙাখম নিঙোন । কোম্বৌশু - হাওরোক কোম্বৌগী মশু। ব্রাংবল লৈমা নাহুইনুনা - কোম্বৌজম লাইরেম্বনা, কোম্বৌজম লাইরেম্বগী মিং । তিনহন হাথলৌ - তিনহন পোকফম লৌ, তিনহন থোকপা লৌ । মরোং ... তাচায়নশে - চুঙতা পায়দুনা লাল তৌনশে । য়াহৌরয়ে - হৌরে , হৌদোক্লে । মরৌ লৌনা হৈনা - তাংতৌদুনা। কোরৌ নোংগারে - শিরে । য়াংলৌ থালতোকতরিয়ে - অশিবা লমজাওদা থোকতরি। শুমায় কংশিরি - শুমাঙদ অশিবা থমলি । ব্রাংলেন পুংহৌরি-পুং য়ৈরি। হাওশি মংথিন্দা -মোংফমদা অশিবা থিন্দরি। খুনুং পাওতাকতরিয়ে - শিবগী পাওতাক্তরি, শিবগী পাওচেন্দরি। অয়িম- ইয়ুম । শিঙচা ব্রাইকোই হৈদে - শীংচনবা চংহৈদে থবক ইনখাং চংথোকহৈদে। য়েল্লাং থৌচংহৈদে - য়েনশাং নাপী থিহৈদে, থবক চংথোকহৈদে । ঙাইখমখিও - ঙাইখো । অঙৌবা-অঙোম । নীংদথৌনা - তুংদা তকখৎলকপা । খোপকংলকও - তকখৎলকও, থৌকংলকও । চুঙলোং নাথংলোন - চুং মখৈ লোনশিন্নবা, চুংদা খুৎপায়ফম শেম্না । তিমেল তাপুনশানা - তা মপুন ওইনা, তা পুল্লপ পৈশিন্দুনা । লাইজ শান্দেংলবগা - ইরুজ্জরগা । ব্রাংলৈ খোমহল য়োংনা - য়ু থক্কুনা । তরা চায়োম থোক ঙামবদা - চয়োম থোক্কুনা চারম্বদা । থিংলৌ পনজল্লে - য়েক্রবনা কোইশিল্লে লাম্নংলে, শা ফারে । লাবতুকুম পনকোইরে - থৌনা লৈনা কোয়শিল্লে। শিফানিক - ব্রাখন মাঙবা, কিবা, পাঙ্গন শোনবা। নাইফা নিকলে - ব্রাখন মাঙদুনা তৌফম খঙদরে, পাঙ্গল লৈতরে । তিমেল তাশেল থাকনা - লান্দা শোকহৌদবা, তানা পালহৌদবা । অচেন খংলৈয়াঙনা - কন্না চেনখিদুনা। লাকথা লালমিংমাবু থানকও - নাকথদা লান্দা ফারকপা হাংলকপা মীগী মমিং থাদুনা লাইশোন শোনবা । কংলা লালপাও তমনকও - লান্দা মায়পাকপগী মমিং থাদুনা পাও তম্না, লাল মায়পাকপগী হল্লকপদা পাও তম্না । চেংলৌ শকখনলও - মশক খন্দোকলো ।*

## চাখা ঙাহাপুং

মৈতেংগু পুনসিবা নুয়াম সাফবা । মদাইরেম চাখা য়িনসুবা লাইচা ঙাথিবনা । লয়রায় মুংবী থকতা লেমলৈ ঙাবু হারমএ । অদুনোংগীবু চাখা ঙাহাপুংও তৌনা কৌএ । ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*মৈতৈ নিংথৌ পুন্সিবা (খৃ: ১৪০৪ - ১৪৩২) গী মনাই চাখা কৌবা ইন হুন্দুনা ঙা ফাবনা লৈরায় মথক্তা অফাবা ঙাবু অশিংপা মমলদা হাদুনা য়োল্লম্মী । অদুদগী মফম অদুবু চাখা ঙাহাপুং কৌখি ।*

## চাখা য়াবীরোক

চাখা য়াবীরোকও কৌবদি চীংখোঙ পোইরৈতোনগী মরন মথুম্বু খাননা য়ানাঙাময়ে। চাখা য়াবিরোকও কৌয়ে।

***(পোইরৈতোন খুম্থোক)***

*চাখা য়াবীরোকও কৌবদি চীংখোঙ পোইরৈতোনগী মরন মথুম্বু লৈদুনা লৌনরম্মী হায়বগী চাখা য়াবীরোক কৌখি ।*

## চাঙানলৌ

লমলেন মদাইমা তারা চাঙালবী ব্রাংলৈ য়ুরুমবী কৌবদি কদৌনোংগীনো । লুব্রাং নাহা য়াওসু তালবনা য়াওরৌ তুংইল তাললকপদা । তারা চানীংখাকপু চকপা হাওরা ঙালথোংকোকতা ঙালজরময়ে হায়বগী তারা চাঙানলৌ ও তৌনা কৌয়ে । ব্রাংলৈ য়ুনীং খাকসু চাইরেল নুপী হাওকারীদা লুমজরময়ে হায়বগী । পোইরৈতা ফাথিবনা

তারা চাঙানলৌ ৱাংলৈ য়ুরুম্বীও তৌনা কৌএ । *(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

*লমদম অমবু তারা চাঙালবী ৱাংলৈ য়ুরুম্বী কৌখিবদি করিদগীনো । লুৱাং কাংবুগী নাহা য়াওসু তালবা কৌবনা শাদাল্লকপদা অরেম্বা চাকপু চকপনা শাবা ঙাংকোক্তা ঙাল্লম্মী হায়বগী তারা চাঙাললৌ কৌখি। অরেম্বা য়ুসু চাইরেন নুপীনা শাবা চফুদা লুমথোক্লম্মী হায়বগী মৈতৈ ৱাহৈ ৱাতা হৈবশিংনা তারা চাঙানলৌ ৱাংলৈ য়ুরুম্বী কৌখি ।*

## চাঙৌপুঙ

লমলেন লোইপী মাতাইমক্তা য়োয়রুমলোন খোয়নৌ মাতা তারুকমানা । মোমনু তারা মাচাকয়োমপু খোকচারময়ে । অতুনোংকিপু চাঙৌপুঙ ও কৌয়ে । *(খোংজোম নুপী নোংকারোল)*

*চীংগী মতাই অমখক্তা লুৱাংচনু খোংজোমনুবী মতাতরুকনা মখোয়না পুরকপা চাকয়োমবু খোক্লুনা চারম্মী হায়বগী চাঙৌপুঙ কৌখি।*

## চজিং

হাওরৈ খানা পাংবরম লমলেন চাচিঙ লম্মহন ও কৌবদি কদৌনোংগীনো । খয়োইরোন ঙানুথুম্বীনা নুংবান ময়িমনাককী মপল ওন্দেরক মদু হলৱাইরকপদা । মপারি শেলবা মিমাববু তারা চাপুম শায়না নাওহমলময়ে । অদুনোংগীবু তারা চাশায়চিঙ ও তৌনা কৌয়ে । *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*হাওরৈ খানা পাংবরম - খা থংবা মায়গৈ। খয়োইরোন - খুমন নিংঙোন। নুংবান - লুৱাং কাঙবুবু নুংবান হায়না খঙনরবসু অরীবা পুয়াদদি নোংপান হায়না ইবনা য়াম্মী। নোংপান অঙোম কাঙলুপ পুসু খঙনৈ। ময়িমনাক্কী - ময়ুমদগী মপল ... হনৱাইরকপদা - মপামদা হল্লকপদা । তারা চাপুম শায়না - চাক শায়দুনা। নাওহমলময়ে - য়োক্লম্মী, চাক পিজরম্মী, অঙাং থেম্লম্মী। ঙানুথম্বী - লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী নুপী । শেলবা মিমাবা - লুৱাংনিংথৌ পুন্সিবনা খুমন নিঙোন ঙানুথুম্বী পান্নদুনা পোকপনি । খুমননিংথৌ পুন্সি য়ুম্মোইবগী মথংদা শেলবা মিমাবনা খুমনগী নিংথৌ ওইখি ।*

## চারিৎ চাহোং

চারিৎও কৌবদি কদৌনোংগীনো । লহালনোং হয়িঙৈদা নয়ুৱা চীঙখোং পোইরৈতোন খোংফাং অতোনবগা মতৈরৈমা লৈমা লৈনাওতাবীগা । লোইবী সিদাহৈ হেম্বা নাদ হৈবু খুনথিরকপদা তরা চাপুক লাম পাইমা খোমনিংতেং উনবীচফম নিক্লবগী হেম্বা কাইনুংচঙনা তরা চানিরুববু পীঙমদে। চীঙখোং পোইরৈতোন্না লোইবী মনিল নাইবা অসিদি করম লিকপনো হায়না সোল্লমএ । অদু নোংগী চাকলিকও কৌববু ময়িম লোইবী মনিল নাইবনা চারিৎও তৌনা কৌএ । হেম্বা মদাইমদা তরা চানিরুববু হোংনা চাওনা পীঙমএ চাহোংও থোন্নেএ । *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## চাপুরিপুঙ

চাপুরিপুঙও কৌবদি কদৌনোংগীনো । লাহাল হয়িঙৈদা খোইয়ম লাইয়িংথৌ খোইরা লীসেমলকপানা । নোংথৌ

অসি খোইরুকুম খোইরা লীহৌরকঙৈদা। চাপু নাউপু তমলমএ হায়বগীবু চাপুরিপুণ্ডও তৌনা কৌএ । পোইরি তাফাথিবা ব্রাংঙম হায়মন তানবনা চাপিপুণ্ডও থোলনাএ । *(মোইরাং লৈকোই পুণ্ড)*

*চাপুরিপুণ্ড কৌখিবদি করিদগীনো হায়রবদি। থায়নঙৈ লাই পুম্নমক্কী লাইনিংথৌনা অশিখোইনা খোইরা শেম্বগুম মালেম লৈবাক শেম্বা মতমদা মচা মশু পোক্তুনা চারা শন্দোকপা হৌরম্মী হায়বগী চাপুরিপুণ্ড হায়না কৌখি। মৈতৈগী শৈথাবশিংনা চাপিপুণ্ড থোন্নখি ।*

## চামলৌ লাথুপচীং

তমপা ব্রাংঙমলোনতি মুব্রা লোকলেকোল ঙাংচেং মশ্বীরোক্ত । তমপা ব্রাংঙমলোননা পুনুং লাথুপনুং চামলও লায়োললাংতা তমপা চামলৌ লানা য়োমনাতি শাম্লুপখিয়ে। অতুনোংকিপু চামলৌ লাথুপচিঙও তৌনা কৌয়ে। *(পাম্ভোইপী খোংকুন)*

*মুব্রা লোকলেনকোল ঙাংচেং মশ্বীরোকতা পাম্ভোইবীনা লাকোল মনুংদা চঙনা লানা য়োমদুনা লোংখি । মরম অদুদগী চামলৌ লাথুপচীং কৌখি ।*

## চাব্রাইলৌ

থাঙব্রায় মাদাইমদি লোইপী চাব্রাই লৌবুকও কৌবদি কদৌনোংগীনো । য়োয়কুমলোন নোংবালচানু মাতা তকুকমানা অব্রাং কোরৌ নোংকাঙৈদা তারা চাকপু লামলবগী তারা চায়োম থোকনা চারময়ে। অদুনোংগীবু চাব্রাইও তৌনা কৌয়ে। অদুসুঙ মদোমদে। মারেম চাব্রায় অনংকৌবনা খানলৈ লৌতারময়ে। অদুনোংগীবু মারেম চাব্রাই অনং কৌবা খাল্লে মরৌ লেন্নে। অদুনোংগীবু চাব্রাই লৌবুকও কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

## চাহুইপোক

কেগে কংলৈ মদাইমদি তাউথোং লৌরেনবা খরং নেমপাইলৌ সঙাই কোংয়েংলৌ মকু হোইসোললৌ খুনু মানথিক থিকফাংলৌ পামেল লৈরাং চাহুইপোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কেগে মোইরাং নিংথৌ উরা লাইচীংখু চীংখু তেলহৈবা মদাইরেম। তোইবী য়াইথিং চনু অকন চারোনবীগা য়োৎচীন লৈকোয়বম চনুগা খোয়নৌ মতা অনিমনা খানলৈ লৌতাববু। কুমবী য়াইচেংনীক কোরৌহামনা কাংলবগী খুৎপী সিংলাইনা খুচিন লাইপুম থুংলবগী খানলৈ লৌতাঙমদরে হায়বগী । কেগে মনিংথৌ উরা লাইচিংখু তেলহৈবা চকপা পামমেঙম্বা অমেবা থাঙসাববু কায়নাহুনবা । আকা খুনকং মঙা চায়বা অকুম খুনকং তরুক নেৎপা নংবু করিগী খোমলেন তুমকনবনো য়াহৌরো। কেগে নপালাই মোইরাং নপুলাই য়িপুঙ লমপুঙ থিরেল চাওরেলগা । লৈকাচেংগা নোংকাচেংগা ব্রানমুবীগা ব্রানঙৌবগা নুংকাপাককা নুংচোংবগা মকুরোনগা খোইয়ম লাইরুপ মাপলমাবু চীংঙু লাইথোঙসিননা খোইয়ম ইরাৎ থৌকাউরবগী। নুমিৎ খোকখৈরুমলাৎতা কুরেক হাইখোংতাইদা উতোম উফোংতাইদা সৌগ্রি হংকেল লাৎতা কোংলৌ লমতাকতা সাবল লমদাইদা থাঙঙা ফমদমদা কারাং থেলকাতা হৈহৌ য়ুতংতারবগী। হাওকুরানা মোইতোমবী মাকুমসা মৈবুন য়াদচীকনা তৌমু কুমসাবী মকুমসাবু কুমসা ফদরবগী । কোরৌ হালনাকাং কুমপী য়াইচেংনিকলবগী । নদাইরেম ঐখোইবু মোমনু খুৎচীন লাইপোম থুং খুৎতোল সিংলাই নারে । লৌব্রায় চুপমারেঙ লমসঙকাই আকাই খোংতোংসঙকা ওরিসললম লৈনা ফুলফাদা লৌহোল খুৎতাকপায়না কোরৌ থোয়না য়েংলে। নয়ু থাংচিঙ চিঙয়ায় ঈ চাইরেল সুকতুনোং সলথোঙ ব্রাকুনোং

নুঙখোং নুঙলাউনোংবু নোংকৌবী ও হায়না য়াহৌখোনগী। কেগে মনিংথৌ উরা লাইচিঙখু চিঙখু তেলহৈবনা ইদাইরেম মোইরাং লৈকাই তরেৎমাগী অঙমবা পাললেন লৈপাক কোইবা পুমনামাসুঙ কারকও। কেগে অসৈ লেংনাতিল আমায় লাকলৌসিনবা নঙখোয়সুঙ থুনা কংলা তোংলৈয়াঙদা কারকও হায়না। কংলা য়াইপুঙথীন তরেৎ সেলফাংয়ে লাংকোই সামুতোংনা পাওকৌখৎলবগী। কেগে খাথা লাইথা লেংনাতিল আমায় লাকলৌ সীন খাপী মাসীঙসুনা কংলা তোংলৈয়াঙদা য়াকারকলবগী। কেগে খুননিংথৌ মোইরাং উরা লাইচিঙখু চিঙখু তেলহৈবসুঙ কংলা ফমকারকলে। মদাইরেম থিঙকোল মোরীফৌবীয়াচা লাংচেং লাংমৈবা মঙপোৎ চাদংয়াববু। খোইয়ম লাইয়িম চঙবা রেংবা চৈমাবা চৈমা অসৈবা। নুয়াম সাফাবা হাওচেং খোললোয়বা মারোয় য়োয়থংঙাই থোংঙাই অতোলবা। হাওব্রা পোংমানাওসুকা তায়ম অনিমনা হাওসী ঙমগা চিংনা। কেগে নিংথৌ মাঙদা ফমফমলবগী। ইদাইরেম অঙমবা পাললেল লৈপাক কোইবা নঙখোইসুঙ। কেগে পুমনা হুপ মোইরাং পাক্লা তাইনা খোইয়ম লাইথোঙসীন চীংঙু লাইপাউসীন চীংঙু লাইপাউসানা লাইজ ঈনিও হায়না ব্রাহমখোনগী। ময়ু থাংচিঙ ঈ খৌখু নোংহৌ ঈ সলথোঙ ব্রাককুনোং নুঙখোং নুঙলাওনোং চাইরেল সুকতুনোং সেললোয় লংমাইনোং সীঙকাপ হাইকাপনোং হীরৈ য়াইরৈনোংবু খোইয়ম লাইরুপসিননা লাইজ ঈনিরবগী। ময়ু থংবা নোংনিংথৌনা ললকুবীরবগী থাংচিঙ ফিমু লৈরুমসী নুরা হিকোক পৌতোংয়ালনা ফুরেন কুমফু চেপনা হৈনা লাইজ ঈথারবগী। পুরেল মাপানতাও লাংচেং মাপানফুক ব্রাহি মবুকথুম খোইয়া মহুমচাই লিললী কোননা তাউ লমসংমানমসী ককচেং তৌতোললোম খ্রা নেমনাপাই সাঙাই কোংনায়েং খ্রা তেকতাকহৌ তীঙয়ি নাউচেলননা তাউথোকলে হায়বগী কেগে লৌব্রায় লৌথোংতাও তাউথোং লৌরেলবা খ্রঙ নেমপাই লৌ মাকু হোয়সোনলৌ সাঙাই কোংয়েংলৌ খ্রা তেকতাকলৌ তীঙয়ি নাউচেল লৌনে। নোংপাল চাহুই লৈরোংপামবনা চাহুই লৈরোং হোঙনেমপুঙ পামেল চাহুই লৈরোংপোকও তৌনা কৌয়ে।

*(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

## চাহুইলৌ

মোইরাং চাহুই পাম্বনা চাহুই থায়ে চাহুইলৌও কৌয়ে। ***(মোইরাং লম্মীৎলোন)***

*মোইরাং চাহুইপাম্বনা চাহুই পাম্বী ফজনা শাৎপবু পাম্বদগী চাহুই থাই হায়বদগী মফম অদুবু চাহুই লৌ কৌখি।*

## চাংসেল

চাংসেলও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লোইবী ব্রাহায় হেম্বা মীকৌনবা লোইবী তোংমাং মনিংথৌগী থাংয়ি ফৌরাইরোং লোইমোম ফৌরাংমৈবু থাংয়ি চিপুংসা হাপচা কয়রেল থনববু চাংও কৌএ। হেম্বা কয়খোংখা লোইবী লৌ সন্দং কাওরেল সন্দং লাইরোংবা মখা নিকলৈদা সলবু সলবী সলয়াম লোইনা কাওরেল সলয়াম পৈববুদি সেলও কৌএ। অদুনোংগীবু চাংসেলও থোন্নেএ। ***(নিঃ লঃ)***

*চাংসেল কৌবদি করিদগীনো। চীংমীশিংনা হায়নবা কৌনবদি মখোয়গী তোংমাং নিংথৌগী ফৌনা মরাঙকায়না ফৌদোক্লগা মপৈ ওইনা পৈশিন্দুনা কয়দা থন্না হৈজিনববু চাংও কৌই। কয়গী কয়খোঙদা শলয়াম পুন্দুনা শলবী শলয়ামগা লোয়ননা শন্দংনাচিংবা লোইববুসু সেলও কৌই। মরম অদুদগী চাংসেল কৌখি।*

## চিঙঙুথেন

চকপা কাঙলুপ অমদি চিঙপা লাইবনা চিংদুনা চিঙঙুথেন্দা খুন্দাইয়ে। চকপা চিঙঙুথেন কৌয়ে।

*(চকপা খুন্দারোন)*

*নোংমাইজিং চীংখোঙদা চকপা খুন্দারম্বদগী লানগাইদুনা কাঙলুপ কাঙলুপ চাইথোকখি । চাইথোকখিবশিংদুগী কাঙবু অমদি চিঙবা লাইবা কৌবা অমনা চিংদুনা খুন্দাখি হায়বদগী চিঙঙুথেন কৌখি ।*

## চিঙথংখোংলেন

লাইরেল মৈতেংঙু ভাগ্যচন্দ্র লোইনাই চিঙথংখোম্বা সনা মহাকথক্তা লেংলেনগী থুমগোং অমরক তৌদুনা খোং হুকহৌয়ে। চিঙথংখোম্বা মিংব্রাইনা খোং অদো চিঙথংখোংলেন কৌয়ে। ***(চকপা খুন্দারোন)***

*মৈতৈ নিংথৌ ভৈগ্যাচন্দ্র (খৃ : ১৭৫৯ - ১৭৯৮) লোইনাই চিঙথংখোম্বগী মতমদা লেংলেনগী থুমখোং তৌদুনা থুমখোংগী উকু অমুক হন্না হাপহৌই । চিঙথংখোম্বগী মমিং লৌদুনা থুমখোং অদু চিঙথং খোংলেন কৌখি ।*

## চিনবা (পাখুন, চীংদাই, লুহুপ্পা)

চীংঙু নোংথৌ সোরারেন্না নোংলেন মখোংফুইনা চুহল্লবগী লাইজ ঈনা ঙল্লকলে। লাইরেল মচিন মনাওদি তোংনা য়ান্নফম্বু লৈতরে । অব্রাং লাইনা পাংবরমদা মিংয়েং শানখৈখিববু অব্রাং মোংবী চীংদাইরেমবু থুমদবনিকিনিনা লাইরেন মচিন মনাওদি লেমলৈ ঙানা তৌবগুম মোংখৎখিয়ে। মোংবী চীংদাইরেমবু য়ৌঙল্লবগা কৌবা অঙাংঙানা লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবগা মশানৌ তাওথিংমাংগা অনিমবু খুজেং হংজি পায়না চিংখৎঙাময়ে। লাইরেল মচিন মনাওনা ব্রাহমলকয়ে । কৌবা অঙাংঙাও শানৌ ইপিংঙাদি লাইজ ঈনা ঙাল্লবনিকিনা মোংবী চীংদাইরেম্বু ইন্দাল্লকপনে হায়থবদা । কৌবা অঙাংঙানা কোরৌ চিন্দুম চিনলকপা ব্রাংবল লাওদুম লাওরকপা অসিবু ঐ থৌখামগে হায়না । কৌবা অঙাংঙানা কাওরেন শলথৌথি তেকপী ওকথৌথি তাওবা হুইথৌথি কাইরৈ য়েন্থৌথিগা ঙাংলেন ঙাংজৌ মপান য়ান্না কোরৌ মপীতোনবু থৌখাময়ে । ব্রাংবল থিংলৌ নিকপবু থৌথিংয়ে চিন্না মঙনা কাখিয়ে চিনবা ও কৌয়ে । পানা সানা কাখিয়ে পাখুন ও হায়দবরা । তাইনা মেন্না কাখিয়ে চিংদাইও কৌয়ে । কোরৌ মপীতোনবু হুপনা মাঙখিয়ে লুহুপ্পাও তৌনা কৌয়ে ।

***(তুতেংলোন)***

## চিপা নাওসংপুঙ

খুয়োল কংলৈ মদাইমদি চিপা নাওসংপুঙও কৌবদি কদৌনোংগীনো । লাহলনোং হয়িঙৈদা লৌব্রায় য়ুপুঙকোয় য়ুনারেক চিপা মৈসাংবনা চাপু নাওপু তমনা খোয়মা লাংখোঙ পায়না চাবোক নাউসং তমলময়ে হায়বগীবু চিপা নাওসংপুঙও তৌনা কৌয়ে । ***(মোইরাং লৈকোই পুঙ)***

*খুয়োলগী লমদম অমদি চিপা নাওসংপুঙ কৌবদি করিগীনো । থায়না মমাংঙৈ উচি মমৈ শাংবনা মযুম মকৈ পান্দুনা মবুক কংলবদা নাপী লাংমরক্তা চঙনা মচা পোক্লম্মী হায়বগী চিপানাউসং পুঙ কৌখি ।*

## চিলসি

য়োইহৈতোন তাওথিংমাংনা ককয়েন মীঙম্বনা মশাবী য়োইমোংববু থুমনাওগুম চংনা ৱাই য়েন্নাওগুম হিংফোইনখরবদা । মাশনৌনা চিলনা চিলনা তান্নখিয়ে চিলসিও থোনয়ে। ***(তুতেংলোন)***

*ককয়েন মীঙম্বনা ময়ামম্বা য়োইমোংববু য়োইমোংববু য়েনবী য়েন্নাওগুম চঙনা লাকখরবদা মনাও তাওথিংমাংনা য়াম্না ৱানা চিন্না তান্নখি হায়বগী চিলসি থোনখি।*

## চীকপী (ৱাইখোং)

নোংয়ায় থোংবু ৱাইনুচা অথৌবা তনবা মীখনখাই কাওরেল মপা তাম্বা শলগুম্বগা। মরোয় মাকপিতিং হাওমিয়াচাগা লমলেন ৱায়াখোংবু লমলোক্কে হায়না । চুংলোং ঙক্তাহুক খোকলাং তুংশোন্না খেরে মাঙইন্ননা মরান থৌচৎলকপদা । কেগে মোইরাং খোইরী তোঞ্জাওসু মদোম তনবা মীখনখাই মানবী মতুকহাংবা শলগুম্বগা। কেগে মরোয় খোইরী লমশিংবগা লমলেন ৱায়াখোংবু লমলোক্কে মোইরাংলমচনগে মরোং চেপয়ান্না খোকলাং তুশোন্না খেরে মাঙইন্ননা মরান থৌচৎলকপদা লমলেন ৱায়াখোংদা লমওক্লরে । পাথৌ ইবিংঙাদি ইদোম তনবা মীখনখাই মশেন্নে । অসি কোরৌ নুমিৎমদি চায়না খোঙফেন্নখিসে । নপা ইপা লাইনা ৱাচুমসুনো । ঙমদবনা খমলৈকুম অমনতা অঙম্বনা লমলেন ৱায়াখোংবু লমচন্নসে হায়না হুয়েন লানশীংনখিয়ে। তনবা মতুকহাঙ কাওরেন মপাতাম্বা শলগুম্বা মশেন্নিগীনা খোয়মা মমায়ওন্দা য়ামজেং মনম মুকনদখিয়ে। কেগে মোইরাং খোইরী তোঞ্জাওসুনা তিমেন মনুংচঙবু খুৎপাক তিল্লাইমেন খোকলাং পমশিৎনা লাবা খোঙফম লৈদা থীন চীনবান কোইহৌনাল তিমেন তা হুনখিববু । খোয়মা লাংদোন শমনা শোযরেন ফুমমি তূনা তাপাল্লে। নোংয়াই থোংবুৱাইনুচানা খুবাক তিল্লাই মেন্না তিমেন মতাচাবু ফেল্লবদি ককলু শেংজৌলেংনা মালেম লৈকং তূরে । শেল্লোই মপাতাউ অনীমক্তি পাম্বা কৈজেংলাংগুম্বা মশেননিগিনা নোংয়াই থোংবু ৱাইনুচানা পাওমেল্লকয়ে। পাথৌ খোইরী তোঞ্জাওসু খোকলাং পমশিৎনবগী তিমেন তা পান্দবা অসিদি উনবী পুকনীং পেনফাত্তরিয়ে। শমু খুৎনা ফংনা হাওমুক্লা লেংফাই চনখিসে হায়না তেনশিংনখিয়ে। তনবা মীখনখাই অনীমক্তি শারেন নোংশা লাল্লাউখোনগুম শমু খুৎনা ফংনা লাকনরে । মোংবা তাজীন খুরৌ য়েৎনরবদা কেগে মরোয় খোইরী লমশিং অশিংবনা চেংলৌ মিৎনায়েং শমু খুৎনা থিন্না লোন্না পাউতাকখিয়ে। য়াম্বা খোইরী তোঞ্জাওসু অসাইঙৈগী হায়নববু থৌকাউরবরা কাউগুনো চরৈ ফিগোননুংগী পাথৌ শানফোঙদববু। কেগে খোইরী অথৌবনা নোংয়ায় থোংবু ৱাইনুচাবু য়ারেন খোঙখৈতোন্না মহাক ফংনা চীকখায়রে । অদুনোংগীবু চীকপীও তৌনা থোন্নেয়ে। খোংনা শিরে ৱাইখোংও থোন্নেয়ে। ***(চায়নরোন)***

## চীগোং

নোংপোক ঙমথংনা চীগোং লৈময়াইও কৌবদি । শেনবি পোংনিংথৌ চৌফাখিখোম্বা মদাইরেম লামাম খম্মান ঙাথিবনা ঔৱা ঈচিন লূদা শেনবি কুংদুম কুংনা তারে । চিকুং লৈময়াইও তৌনা কৌয়ে । ***(লৈরোন)***

*নোংপোক মায়কৈগা থংননা লৈবা লমবু চীগোং লমময়াই কৌখিবদি কবো পোংনিংথৌ চৌফা খিখোম্বগী মনাই লামাম খম্মান কৌবা ঙাথিবনা, ঔৱা লৈবাক্কী ঈশিং হৌরকফম মরুদা মীয়াম্মা কুঙনা তাববু শেনবি কুঙদুম কুঙনা তারে হায়রম্মী । অদুদগী চিকুং লৈময়াই কৌবদগী চীগোং লৈময়াই থোনখি ।*

## চীঙনাংখু

থাঙব্রায় মাদাইমদি চীঙনাংখুও কৌবদি । অঙৌবা পুরৈরোম্বনা চীঙলেন খুতাকমাবু হুলথারকয়ে। অদুনোংগীবু চীঙনাংখুও কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

*অব্রাংগী লমদম অমবু চীঙনাংখু কৌবদি । অঙোমগী পুরৈরোম্বনা অথোইবা চীং অমবু খুৎনা পায়না লংথরকই হায়বগী চীঙনাংখু কৌখি।*

## চীননমহৈ

তাংখুল মারেম নুরাপীনা হয়রাং ব্রাইচৎহৌ পনম হেকমায় কাঙৈদা । তরা চাপুক লামলাপাকী তরা চাকয়োম থোকপাতা লাইচা য়িরৈতাপাকী তাউচিং হয়পুমমানা তরা চীননমনাখিয়ে। অতুনোংকিপু তাংখুল মারেম নুরাপী তরা চীননমহয় কৌপাপু পোইরৈতা ফাথিপা ব্রাঙম হায়মন তানপানা চীননমহয়ও তৌনা কৌএ ।

*(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*তাংখুল মারেমগী নুপীনা হৈ হেকপা চৎপদা চাক লাল্লবদগী চয়োম থোক্লনা চাবদা ঈশিং লৈতবদগী হৈনা মহুৎ শিনখি । মরম অদুদগী তাংখুল মারেম নুরাবীনা চাক চাবদা ঈশিংগী মহুৎ শিনবা তরা চীননমহৈবু মৈতৈগী শৈথাবশিংনা চীননম হৈ কৌখি ।*

## চীরিৎ

নুংপাল চাহুই লৈরোং পাম্বদি ইনুংসোয়য়ায়মদা কুরাউ হংকাথাংনা চেল্লকপদা মারুমবী খুব্রাং লাংমৈরেম্বগা লমওক্লরে । লোইবী কুরাউ হংলোন মঙামাবু থৌদু নুঙনা খাগা থা পামেল উদি থক্কাথংনা য়ৈথোক্লময়ে। মথংলেনগা খোয়মা নারোম্নুংদা চীকনা নেমনা ঙাঙনরময়ে। অদুনোংগীবু চীরিৎও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

* *(কুরাউথোক তা য়েংবীয়ু)*

## চীংকোন

চীংখোঙ কোইমনাউগা শেল্লোয় মপাতাউ লুব্রাং নাহা য়াওশা তানবগা লাবা খুমনবু য়াংতৌ শারম লীবদা । লুব্রাং নাহা য়াউশা তানবনা কৌবা য়িরোংশাবু তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লববু ফেনয়োল্লে। শেল্লোয় মপাতাউ চীংখোঙ কোইমনাউগী ফৈরা মতানপাকপু তুরে ইমু ফিরাক শারে ইঙৌ পামফেম্নরে । পাথৌ চীংখোঙ কোইমনাউও করম তিমেন খুৎয়োল্লবনো হায়না পায়না কোন্না কপ্পরৈএ । অদুনোংগীবু চীংকোনও তৌনা কৌএ। *(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

*তিমেন মখুশু - খুৎশু তা । ফেল্লবনু - লংখিবনু, হুনখিবনু । ফেনয়োল্লে - হুনবদা পান্দরে । শেল্লোয় মপাতাউ - মরুপ । ফৈরা মতানপাকপু - মফৈগনবু । তুরে - পাল্লে, শোকলে। ইমু ফিরাক শারে - ঈ য়াম্না থোকলে । করম তিমেন খুৎয়োল্লবনো - করম্না তানা শোকখরবনো ।*

## চীংখৈ

লোইবী মখনমা লাল্লোই মদাইমদি। নয়ুৱা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না শাবি ইতৈলৈমা লৈনাউতাবীও। ইপিঙঙানা ইপোইরৈ শিদবা ইৱাংঙম নাদববু লৈঙামদে। থৌদু মারাইচাইবা চেঙচা খুভমহোংবা খাম্বীসুঙ মৈরা মুৎপা লাইজসুঙ ঈফম কংবা নমু পোংলাই ওঙবদুম লমওক্করে। লমলেন লাল্লোই মদাইমা অসিদা খৈরসে হায়না তেৎনৌ য়োৎপী মচৈশুবু মালেম লৈদা য়ুংনা খৈরময়ে। অদুনোংগীবু চীংখৈও তৌনা কৌএ।

*(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

*চীংগী মফম অমা লাল্লোইগী লমদম অমদি। নবুথৌ চীংখোঙ পোইরৈতোন্না ইতৈমা লৈনাউতাবীও। ঐখোয় অনীনা পোইরৈ শিদ নাদববু থিরকপদি লৈরমদে। নুং অকায়বা নুংফম চাদবা, মৈসু থাব্দবা, ঈশিং লৈফমসু কংবা মী লাই লৈবদুম থেংনরে। লাল্লোইগী লমদম অসিদা লেপ্পসি হায়দুনা য়োৎকী চৈশুবু য়ুংদুনা অরোইবা পনখৈ থল্লম্মী। মরম অদুদগী চীংখৈ হায়না কৌখি।*

## চীংঙাংলেন

(১) থাঙৱায় মদাইমদি চিঙঙাঙরেলও কৌবদি। চিঙঙু ঙাঙলেল ঙাংসাপানা ঙাংলেন মপানফুকনা ঙাংচৌ মরু লি ংলময়ে। অদুনোংগীবু চিঙঙাঙলেল ও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙৱায়রোন)*

(২) চীংঙু ঙাংলেন ঙাংশাবনা ঙাংলেন পাম্বী ফুক্কুনা থারম্মী। নিংথিনা শেম শাবদগী ঙাংলেন পাম্বী অদু য়েংবদা য়াম্না ফজখি। চীংঙু ঙাংলেন ঙাংশাবনা থাবা ঙাংলেন পাম্বীসি ফজৈদা হায়না শোন্নবদগী মাগী কোলোয় মমিং লৌদুনা মফমঅদু চীংঙাংলেন কৌনখি। *(লম্মীংলোন)*

## চীংঙারেং

মোংবা তুথুপমাতি লাললোই চীংঙারেংও কৌপাতি। লানলোই হয়িংথেম চনু লাইচা য়িমিংনবী য়িহকআগা। কমপোংথেম চনু লেমলৈ ঙামিংনবী সারেং আগা। মমান মচা তানথোং লোকআগা মনেমমচা লেমথোং লোকআগা। হয়রাং তাইপোম্বা তাউজিং লোঙচুমববু হয়চেননঙৈদা। হয়রাং পোংফারা তাউজিং পোৎথললাববু হয়রাংখুৎপায় ৱাৎলে তাউজিং চোইয়েল তামলে হায়বগীবু। মমান মচা লেমথোংলোকআনা পামেল অমরক নেৎকাবদা। তলা থেমচা উফৈথককী তলা খুয়োনথানা নোংমললে। ইতা কমপোংথেম চনু সারেং আও নঙনা য়াংমন কায়মনবগী ইমানমচাবু নোংহামলে হায়খিএ। ইতা লাললোই হয়িংথেম চনু ইহকআও নঙনা চিনমন লেমমনবগীবু ইনেমমচাবু নোংমললে হায়খিএ। অতুনোংকিপু লানলোই চীংঙারেংও তৌনা কৌএ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*য়িমিংনবী - ঈশিংগী মমিং লৌবী। ঙামিংনবী - ঙাগী মমিং লৌবী। হয়চৈন্নঙৈদা - হৈ হেকপদা। হয়রাংখুৎপায় ... তামলে - খুত্তা পায়দুনা য়েন্নবা পিনবা ৱাৎলে। পামেল অমরক নেৎকাবদা - উ অমুকহন্না কাবদা। তলা থেমচা -উফৈ। খুয়োনথানা - তাদুনা, নাম্বুদুনা। নোংমললে - শিরে। য়াংমন কায়মনবগী - হামনবগী, থৌশাদবগী। নোংহামলে - শিরে। চিনমন লেমমনবগীবু - ঙাংমন শকমনবদগী।*

*তুরেল তোরৈ অমদি লাল্লোই চীংঙারেং কৌখিবদি। লাল্লোই লমগী হয়িংথেম ঈশিংগী মিংলৌবী ইহকআগা*

*কম্বোংথেম নিঙোন ঙাগী মিং লৌবী শারেং আগা । মপুরোইবা তানথোং লোক আগা লেমথোং লোক আগা হৈ মরোং চুম্ববু হেকপদা হৈ মপোৎ ফাদুনা পোল্লাং থল্লববু খুত্তা পায়দুনা চোইনা য়েন্নবা হে ব্রাংলি হায়বদগী মপুরোইবনা উ কাদুনা হৈ অমুক হেকপদা উফৈ থক্তগী তাদুনা শিরে । ইতা কম্বোংথেম নিঙোন শরেংআ নংনা হায়মনবদগী ইপুরোইবা উথক্তগী তাদুনা শিরে । ইতা হয়িংথেম নিঙোন নংনা ঙাংমন শকমনবদগীবু ইপুরোইবা শিবনি হায়খি । নুমিৎ অদুদগী লাম্লোই চীংঙারেং কৌখি ।*

## চীংদাই

* চিনবা থোনখিবদা য়েংবীয়ু।

## চীংনুংসোই

মোংপা তোরয়মাতি অতোন কৌবা মাঙ নোংয়াই চীংনুংসোয়ও কৌপাতি কতৌনোংকিনো । চোংমু চোংথাপম নিংঙোননা খোইমু খাইথিপম চনু তোংপোন ব্রাইরৌথাংপী ফুমথি নাতৈ কাঙপী সব্রা উথিৎ তানপী লোকলৌ তনেল হৌপীনা পুংখঙএ । নোংয়াইনা তেংথানা খুমননা মীকৌনা য়েনপাপুতি সোইপাইও কৌএ । য়েনমোমপুতি সোইতিংও কৌএ । য়েনপা সোইপাইমাকা য়েনমোম সোইতিংমানা মলুম তরামঙা থুইএ । মচা তরামঙা কোকঙমএ। য়াওরৌ সাতোকপানা য়াওচাকাপারা য়াওচাতে । লোইপী চীংকাকলেননা মরান নাউসোংনাকাপারা নাউসোংনাতে । মথিং মাঙপা তেনকাপপানা কাপচাকাপারা কাপচাতে । সরা তয়মা ওললাপনা হাললকলে । অতুনোংকিপু অতোন কৌপামাঙ নোংয়াই চীংনুং সোইও কৌএ। ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*তুরেলগী তোরৈ অমদি খুমন কৌবমাঙ চীংনুসোয় কৌবদি করিদগীনো । চোংমু চোংথাবম নিঙোন খোইমু খাইথিবমগী মচানুপীনা খ্বাংদা তুঙ্গোল য়াম্না লোংখোল্লগা ঙা ফাবীনা পুঙ অমা খঙই । খুমননা কৌনবদি য়েনবাবু শোইপাই য়েন অমোমনা শোইতিং কৌই । য়েনবা শোইপাইগা য়েনমোম শোইতিংগা মকম তরামঙা কোকই মচা তরামঙা ওল্লি। তোকপা কৌবা শানা চাবরা য়েংবসু চাবীদে । চীংগী কাকয়েন উচেক্না মহমদা পুবসু পুবীদে। মথিং মাঙবনা তেন কাপ্তনা ফাবরা হায়বসু ফাহৌদনা নোংঙানবনা হানখিবনা য়েন্নাও শারেপ ফাখরে । মরম অদুদগী লম অদুবু খুমন কৌবমাঙ চীংনুংসোই কৌখি ।*

## চীংসাংপাক

হিথেল নমসাংমাতি । অসাইঙৈকী লোকখা ব্রায়ানপা হাওখা ব্রাপুপাপু তাংচা লিলাথিনা । নমু নাতা চীকপাপু থাঙলেন মখুৎসুনা লেনথোকলাপাপু মালেম লয়তা তারে । চীংলেন অসিপু করম পাকপানো চীংসাংপাকও থোননৈ এ । ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*হিদেল মরিল অমদি ঙসাইগী লোকখাগী ব্রায়ানবা হাওখাগী ব্রাপুবগী মনাদা লিননা চীকপবু মানা পায়রিবা। থাঙনা লেনবদা লৈবাক্তা তারে । চীং অসিবু করম্না পাকপনো শোল্লম্মী অদুদগী চীংসাংপাক থোনখি ।*

## চীংমিচাউ

মোংপা তুথুপমাতি। চীংখোঙ পোইরৈতোননা লাংওনলকপাতা । চীংলেন নাপোম অসিপু লাইচা য়িরোননুংতা মমি করম চাউপানো সোললমএ । লমলেন চীংমিচাউও থোননৈএ । ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*তুরেল থেকচিনবা অমদা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লাকপদা চীংমাই নাপোম অমনা শীশিংদা মমি চাউনা তাববু করম্না অসুক চাউনা তাবনো হায়না শোল্লম্মী । মরম অদুদগী লমলেন চীংমিচাউ খোনখি ।*

## চীংমৈরোং

লুৱাং লোইনাই য়াওশা তানবনা য়ারৌ শানাবদা শারেন মমৈ লোঙববু ফায়এ। চীংলেন মমৈসুং করম লোঙবনো হায়না শোল্লমএ। অদুনোংগীবু লমলেন কৌবা চীংমৈলোঙএ কৌএ। ***(লুৱাংলোন খোংকুন)***

## চীংসোমবা খোং

মোংপা মতাইমাতি অঙৌবা সেকমু কায়নৌ চীংসোমবনা খোংমা তৌএ । চীংসোমবা খোংও কৌএ ।

***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

## চীংহৌ লমদাইথেৎ

(১) লমলেন মদাইমা থাংবী য়োইনাওকোন চীংহৌ লমদাইথেৎ য়োয়বু খোইমোম লাইপুনসি থাংবী চীংমাবীনা য়াংলৌ অৱা লমদনঙৈদা । ইনুং শোয়য়ায়মদা চীংলেন মপানফুক্না মপন কুবিরম মদু কাবিরম লীৱা পুৰীচীং লোংৱা তাউবীচীং লোললোয় লৌচিনথাং চীংথাং থাংলাংমৈবু খোইমোম লাইনা থাংখিয়ে থাংবীও কৌয়ে। চীংলেন মপানফুকনা হৌখিয়ে চীংহৌও খোন্নেয়ে। ***(চায়নরোন)***

*য়াংলৌ অৱা লমদনঙৈদা - লম্বীদা ৱাবগী পোৎথাবদা । মপন কুবিরম মদু কাবিরম -মপা মপু মবুংশিনা কাবদা কান্নবা চীং । লীৱা পুৰীচীং লোংৱা তাউবীচীং - লীৱা লোংৱা হৌবা চীং ।*

(২) লমলেন মতাইমাপু চীংহৌৱো কৌপাতি কতৌনোংকিনো । খোইমোম লাইনামুংপী লোইপী চীংমাপীনা। য়িনুং সোয়য়াইমাতা চীংলেন মপান ফুয়না হৌখিয়ে। অতুনোংকিপু চীংহৌ লমতাইথেৎৱো তৌনা কৌএ ।

***(মোইৱাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

## চুমপংচিঙ

খোয়নৌ নুংপাললোল লমলোইনাই কোরৌ খোংজোমনুপী মাতা তারুক মানা কোরৌ মথোঙচিন ৱাঙপল মারাকচিলপু কাতাইরমতা লৈরিকাপানো হায়না চুমতুম চুমনা লেপঙময়ে। অতুনোংকিপু লোইপি চুমপংচিঙও তৌনকৌয়ে। ***(খোংজোমনুপী নোংকারোল)***

## চুমপুলপা

লমলেন লোইবী চুমপুলপাও কৌবদি । খোয়নৌ নুংপাল চানু মাতা তরুকমানা চুমতুম চুমনা লেপলময়ে। চুমপুলপাও তৌনা কৌয়ে। ***(থাঙৱায়রোন)***

## চুম্বং

চুম্বং লমনুংশি কৌবদি কদৌনোংগীনো হায়রবদি । খয়োইরোন তাওথোং কাইবি চনু লিক্লা পিশিনখোম্বী নুরা লাংমাতোম্বীগী মমান মচা চকপা মহালেংববু হুল্লালনোংদা । চকপা মহালেংবনা খয়োইরোন তাওথোংলেংবীবু

ইন্দানবদা । চকপা মহালেংবা খুকলু হংমাতোম্বা পাখং শঙ্গাই য়াইনম শোইদা শমু পাংশোই নিকপনা । কোংয়াং ৰাতারি তারিলেংবা মৰাকখং হোতা পাইবা মৰাওই। চিনবান তারি খোংবনা মনেম মচাবু হানা হানা তাল্লকয়ে হায়বগী মহাও কৌয়ে। চকপা মহালেংবদি মমান মচা তাওথোংকাইবি চনুবু তাল্লকপদা । মনেম মচানা লাইজ ঈদা চুপ লাওনা চোংথখিরে । অদুনোংগীবু চুম্বং লমনুংশিও তৌনা কৌয়ে। *(লৈরোন)*

*চুম্বং লমনুংশি কৌখিবদি করিদগীনো । খুমন চনু লাংমাতোম্বীনা মপুরোইবা চকপা মহালেংববু হুন্দোকলল্লবদা, চকপা মহালেংব খোঙ খুৎ ফিবম শোয়বা বাঁশি খোংবদি য়াম্না হৈবনা মনেম মচাবু থুনা য়াংনা হানা তাল্লকই হায়বগী মহা কৌখি । চকপা মহালেংবনা তান্নরকপদা মনেম মচা লাংম তোম্বীদি ঈশিংদা চুম লাউনা চোংথখরে নুমিৎ অদুদগী চুম্বং লমনুংশি কৌখি ।*

## চুমলৈ

কবো মদাইমদি নায়ুৰা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লাংওল্লকপদা । শেলবী মপাচা কবো ময়েল্লু মশেলবু চুমতুম চুমনা লৈঙামএ চুমলৈও কৌএ । *(পোইরৈতোন খুম্থোক)*

*কবোগী লমদম অমদা নবুথৌ চীংখোঙ পোইরৈতোন্না মথং মথং লাকপদা কবো মপা মচা শাগৈ নাতৈ পুম্নমক মাগী মাগী মথৌ তৌনদুনা চুম্না চুম্না লৈরম্মী হায়বগী চুমলৈ কৌখি ।*

## চুরাচান্দপুর

মহারাজ চুরাচান্দ সিংহগী মিং লৌদুনা এরিয়া অসি চুরাচান্দপুর হায়না থোনখি । *(ভুগোল অহানবা)*

## চেক্লাপাই

(১) লমলেন চেক্লাপাই কেকে থুমখোংলেন কৌবদি কদৌনোংগীনো । ময়িম লোইবী মারেমনা থুমবু তেকও কৌয়ে। কাখিববু পাইও কৌয়ে অদুনোংগীবু তেক্লাইপাইও কৌয়ে। পোইরৈ তাবাথিবনা চেক্লাপাইও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*লমদম অমবু চেক্লাপাই কেগে থুমখোংলেন করিদগী কৌখিবনো । মারেম কৌবা চীংমীনা থুমবু তেক কৌই । চীং কাখিববু পাইকৌই । চীংদা লৈবা মারেম কাওবুনা থুম পুদুনা কাখি হায়বদগী মৈতৈ শৈথাবশিংনা চেক্লাপাই কৌখি ।*

(২) চরাইরোংবা নিংথৌনা অঙোম তাম্থোক্লবগী কুমফেন লানচিংববু লাল নেক্লুই। লালনেকপা হল্লকপদা পায়রকপা লাইথাংনা লমখাংদা উচেক চেকলাওবী ওইনা পাইখরে । লম অদুগী মমিংবু চেক্লাপাই কৌএ । *(মিয়াং লারৈ লাথুপ)*

*মৈতৈ নিংথৌ চরাইরোংবা (খৃ: ১৬৯৭ - ১৭০৯) না অঙোম কাওবুবু তাম্থোকনবগীদমক কুমফেন লালচিংবা লাল নেক্লুই । চরাইরোংবনা লাল নেক্লুবগী হল্লকপদা মানা পায়রিবা লাইথাংদু লম্বী লমখাং অমদা উচেক চেকলাওবী ওন্দুনা পাইখরে । লম অদুগী মমিংসু চেক্লাপাই কৌখি ।*

## চেকায় কয়

মোংবা মতাইমাতি । মৈতেংঙু তবুংবনা নোংয়াই সেল্লোইমৈ অতোন পাইরৈমৈ সিংকন নোংফাইমৈ সতু তেকচাকমৈনা য়ৌরকানে হায়পাকী। চেকায় নারেংহুৎনা কয়কুপএ । মৈতেংঙু তপুংপা চংপী মকয়রেন কয়রেন মখুৎফা লমলেন চেকায় কয়ও তৌনা কৌএ । ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*তোবর্বান অমদি মৈতৈ নিংথৌ তবুংবা (খৃ : ১৩৫৯ - ১৩৯৪) না মশেন মবাই ওইবা খুমন লমদমদগী হৌরকপা মৈনা মাগী ফৌকয় চান্নগনি হায়দুনা চেগাই মচেং মচেং হুত্তুনা কয় অদু কুপই । চেগাইনা কুম্না ফৌকয় লৈফমনি হায়বদগী মফম অদু চেগাইকয় কৌখি ।*

## চেগাইব্রান

শেল্লোয় মদাইমা লংমাই মখলমদি । চকপা হাওরা নিংথৌবা চনু মখুৎশা চেগাই লংবিচাবু ময়ুম শেল্লোয় লংমাইনা খান্নখিয়ে। শেল্লোয়না ব্রা হায়না লংমাইনা মীকৌনবদি অরৈববুদি আখানবাও তৌনা কৌয়ে। অদুনোংগীবু লংমাই চেগাইব্রান মরমশাংও থোন্নেয়ে। ***(নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোন)***

*নোংমাইজিংগী লমদম অমদি । চকপা কাওবুগী হাওরা নিংথৌগী মচানুপীনা শাবা চফুবু নোংমাইজিংগী মীনা লৈখি । নোংমাইজিংদা লৈবা মীনা মখোয়গী লোন্দা পোৎ লৈববু খানবা হায়না কৌই । মরম অদুদগী মফম অদুবু চেগাইব্রান থোনখি।*

## চেঙকোইপুং

(১) তোরৈ নমসাংমাতি। লমলেন চেঙকোইপুংও কৌপাতি। ব্রাংঙমলোন থোংঙাইথোং মৈতেংঙু নাউহনপা চনু মসানৌ চিঙয়াই ঙানুচা নিংথৌ সিয়ারোংদা তাংথপী অতোন নোংয়াই খুমন লৈমপু। চেঙলুক লমকোইসুনা হোইথিঙৈতা তরা চেঙপু পৈরমএ। অতুনোংকিপু লমলেন চেঙকয়পুংও কৌপাপু পোরৈতা ফাথিপানা চেঙকোইপুংও থোননৈএ । ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*ব্রাংঙমলোন থোংঙাইথোং - মৈতৈ নিংথৌ উরাকোন্থৌবগী (খৃ: ৫৬৮ - ৬৫৮) মচানিপা নাউহন্না পোকপনি। তাংথবী - লোন্না ঙাংনবী, অতোপ্পগা মরী লৈনবী । চেঙলুক লমকোইসুনা - থুম্মোক্তা চেঙ পুদুনা, চেঙলুক নুংশাং । হোইথিঙৈদা - থিরুঙৈদা । নিংথৌ সিয়ারোং - খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গ্রাইবনা চীংয়াই ঙানু চনু পান্নদুনা পুরানখুনৌ শিবা, নিংথৌ সিয়ারোং, থোংহন, থোংয়ায়, লাইপা কৌবা মচানিপা মঙা পোকই । সিয়ারোংনা খুমন নিংথৌ ওই ।*

*তোবর্বান অশাংবা অমবু চেঙকোইপুং কৌখিবদি । মৈতেংঙু নাউহনগী মচানুপী থোংঙাইথোংনা মপুরোইবা পুরানখুনৌশিবা থাদোক্লুনা মনাওনিপা নিংথৌ সিয়ারোংদা ময়ুম পানবী খুমন লৈমবু, খুমনগী লৈমা ওইনবা চেঙলুক পুদুনা হায়জবা চৎপদা চেঙ পৈদুনা থল্লম্মী হায়বগী চেঙকয়পুং কৌববু মৈতৈ শৈথাবশিংনা চেঙকোইপুং থোনখি ।*

(২) চেংকোইপুং কৌবদি পানথোইবীনা খাবদগী হল্লকঙৈদা । নোংপোকনা য়েনবা চেংকোইগী মশকওইনা পাইরকয়ে চেংকোইপুং কৌয়ে । ***(লম্মীৎলোন চেথুপ)***

## চেঙ্গোই নারন ঈ ( চিঙ্গোই তুরেল)

লংমাই মখনমদি চেঙ্গোই নারন ঈও কৌবদি কদৌনোংগীনো হায়রবদি । নুংবান হোঙনেম লুৱাংনিংথৌ পুন্সিবা মপন কৌবরোন নামোইনু পায়মা লিনগোইগী । মদাইরেম লৈথিন নোংথিনয়াঙ হাওকু চাৱাইয়াঙ অয়াঙবনা লাইজ সমুদ্র ঈয়াচাউদগী ৱাকলেন তাংমাককনা লাইজ ঈৱাল্লকপবু। লাংবন তৌশাংয়ি লিক্লা পিশিনতোনগুম্ববু ৱাইথুংলৈএ । হোঙনেম লুৱাংনিংথৌ পুন্সিবনা শেল্লোয় চীংয়াচাউগী নুংবান ইহাকচং লুৱাং ইখোঙফংনা লাইজ ঈৱানগে হায়না মরান থৌচংলকপদা। তরাচেঙমচং তাউবা হুইয়া মানবা তেক্তববু তরা চিপুংশানা পৈরময়ে । অদুনোংগীবু নুংবান চেঙ্গোই ঈ ও তৌনা কৌয়ে।

নারনও কৌবদি কদৌনোংগীনো । নুংবান নুঙ্গাংপাম্বগা মপারি হাওবা তেকপগা পোইরৈ খুনগুমলক ৱাংঙম খুন্দারকপদা চকপা থৌবানতোংবনা হায়রমএ । নুংবান নুঙ্গাংপাম্বাও পোইরৈ কদৌবা খুনগুমলক ৱাংঙম খুন্দারকপনো। নুংবান নয়ুমনাক্তা হলৱাইখিও হায়না থৌখামঙমএ । নুংবান নুঙ্গাংপাম্বগা মপারি হাওবা তেকপগনা থাঙলেন মখুৎশুনা চকপা থৌবানতোংববু য়ান্থুরে । মহীনা লাইজ ঈদা নারন নারন চেম্থখিয়ে। অদুনোংগীবু নারনও কৌববু পোইরৈতাবাথিবা ৱাংঙম হাইমন তানবনা। নুংবান নুঙ্গাংপাম্বা লাল্লকঈ মপারি হাওবা তেকপা থৌদোংঈ চকপা থৌপানতোংবা ফানা ঈ নুংবান চেঙ্গোইনারন ঈও তৌনা কৌয়ে।

*(নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোন)*

*ঈয়াচাউদগী - ঈশিং অচৌবদগী । ৱাকলেন তাংমাককনা - ৱা মতাং অমা কক্লা। লাইজ ঈৱাল্লকপবু - ঈশিং শোক্লকপবু । লাংবন ... ৱাইথুংলৈএ - লাংবন থাগী তৌদা পকপা ঈশিং লিক্লাগুম্ববু থুংলৈ । শেল্লোয় চীংয়াচাউগী - নোংমাইজিংচীং জাউগী । শেল্লোয় চিকনেম নেম ... নায়োমনরগনে - নোংমাইজিংদি মী তাদবা অচিকপা ওইদুনা নাপী শিঙনানা য়োমশিনখরগনি । মহীনা - ঈনা । লাইজ ঈদা - ঈশিংদা ।*

## চেংলৈ উনুংতা

লমলেন ফেনচিলৈ চেংলৈ উনুংতা ও কৌবদি কদৌনোংগীনো । কোরৌ নোংনাংপানগী পামেন চকময়ুংনাপাকপগীনা মালেম লৈদা তারম এ । ময়েক নানমৱায় মতোন্না নোংপাইৱায় হৈরাংনা পাওসোনৱায় মুংবীনা অশৈৱায় সুকমুনা ৱাইথুংৱায় থারাম্মা নোংসাৱায় । থাঙয়ি তাওপুঙ খোংতৌবনা চেপ্পা চেপ্পা তান্নরমএ চেংলৈও কৌএ । পামেল উসুংতাইএ অদুনোংগীবু চেংলৈ উনুংতা ও তৌনা কৌএ। *(লুৱাংলোন খোংকুন)*

## চেংলৈ পামংখোং

তমপা মৈতেংঙু চনু মৈরেল তোমশাংনাপী পলেম পীনাইতাপীতি । মপল তুপী য়োয়কোন্নুংকি মরাল লুহোঙ খোঙতোংলকয়ে। মতু মোংপা য়ুমলেল মাঙকি লমহওরকয়ে। কংলৈ শূমথোংপানকি খুল্লক লান্ন লুহোঙলকয়ে মংলক লান্না খোঙতোংলকয়ে। লমলেন চাঅংলৈশাংলেল থায়াঙ পুরুমশঙ অথৌপা মুকাপ শঙ শারুং খুনঙম শঙ থাঙশা মোইকাই ফানা শঙ হৈরেম লুমচেংতাউপা খুনজান য়াওনশাংপা মনাপাংমা লৈখাঙ চারপাপু য়ীমচিল চকো নারেং থোংনাশঙ অতোন খাঙচা ৱাংগোল লাইরুরা ফানা শঙপু নাতৈনানা লুহোংলকপাতা। মনু য়াংলও তেরা লমলাই ঙানপা চেকলানা তললা চাউথোইপা পামেল উনা অপুঙপা মরক্তা । পামেল উতোলথক্তা তমপা ৱাংঙমলোনপু য়েংলাতানা পানা পানা লাক্লা লাক্লা খোংঙামযে । অদুনোংকিপু চেংলৈ

পামংখোংও তৌনা কৌয়ে । *(পাম্বোইপী খোংকুল)*

*মৈতৈ নিংথৌগী মচানুপী নাইতোম পোকপী পাম্বোইবী মমা অসিনি হায়বা লৈতবীদি মপা ইবুঙোগী কোনুংদা লুহোংদুনা লম্বী খুল্লক লাম্না থিল্লকই । খাবগী য়ুম য়ৌনবা লাকপদা তেরা লমলাইঙালবা উচেক লমখুনুনা মনাপুঙবা অচৌবা উজাওউতোনগী উনারক্তা তোংলগা পাম্বোইবীবু য়েংলদুনা পানা পানা লাক্লা লাক্লা খোংলমই হায়বগী চেংলৈ পামংখোং কৌখি ।*

## চেংলৈ লুব্রাং ঈ কমবোং নাব্রাংঈ (লুব্রাংঈ)

(১) লমলেন চেংলৈ লুব্রাংঈ কমবোং নাব্রাং ঈ ও কৌবদি কদৌনোংগীনো । হোংনেম লুব্রাংনিংথৌ পুনসিবনা ব্রাকয়ৈ হিদোংবদা । মশাবী লুব্রাং পুদাংকোই খুৎকোইবনা ওইখিশা য়াওরৌ শিরুকংবু ব্রাকয়ৈ লুদা থোংনা চেংলৈ কুমশাবদা । লাইজ ঈনা ব্রাংইগুম ব্রাকয়ৈ লূনা ব্রাংথোইয়ে ব্রাকয়ৈ লূনা ব্রাংইগুম কমবোং নানা ব্রাংথোইয়ে। অদুনোংগীবু চেংলৈ লুব্রাংঈ কমবোং নাব্রাংঈ ও থোন্নয়ে । *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*চেংলৈ - চেংলৈ শলাই । লুব্রাংঈ - লুব্রাংলী তুরেল । ওইখিশা - ওইখিবা শা । য়াওরৌ শিরুকংবু - অকংবা কোকপু । ব্রাকয়ৈ লুদা থোংনা - হিরুবাকতা তোংহন্দুনা, হিগী হিরুদা থেৎতুনা । কুমশাবদা - চহিগী ওইবা থৌরমদা । লাইজ ঈনা ব্রাংইবগুম - ঈশিং হেনগৎলিবা মখৈ, ঈশিংনা চাওরকপগুম। ব্রাকয়ৈ লুনা ব্রাংথোইয়ে - হিগী হিরুনা ব্রাংবা হেল্লি। কমবোংনানা - কম্বোং মনানা।*

(২) নোংবান হোঙনেম লুব্রাংনিংথৌ পুক্সিবনা ব্রাকয়ৈ হি তোংবদা । লাইজ ঈনা ব্রাংইগুম ব্রাকয়ৈ লূনা ব্রাংথোইএ । অদুনোংগীবু চেংলৈ লুব্রাং ঈ ও থোন্নৈএ । ব্রাকয়ৈ লূনা ব্রাংইগুম কম্বোংনানা ব্রাংথোইএ । অদুনোংগীবু কম্বোং নাব্রাং ঈ ও থোন্নৈএ । লুব্রাং ঈ ও থোনমরক্তি অদুসুং মদোমদে । চীংয়ায় ঙানুথুম্বী মপারি শেলবা মিমাববু মকোক মরুসুং করম চাওব্রাংবনো হায়না সোন্নখিএ। অদুনোংগীবু লুব্রাং ঈ ও থোন্নএ । নোংবান মপাচা মসেনবু শমু খুৎপু থিন্না তাক্লমএ তাক্লা ঈও হায়দবরা । *(লব্রাংলোন খোংকুল)*

*লুব্রাং ঈবু কৌনবা মমিশিংদি - চেংলৈ লুব্রাংঈ, কম্বোং নাব্রাংঈ, তাক্লা লৈরোংঈ, থৌখুবা খুদম ঈ, থৌহনবা খাইতম ঈ, কোরৌ মচি শোয়শেন ঈ, ব্রাংবন মনাও ঙাইরোং ঈ, মমা লাইরেল লাইপাও তাওবী থীক্লেন খোম্বু হাংবী মপারি নমপোক ঙাথিবু লাক্লবরা হায়না লেমলৈ ঙাহাতানবা, লৈনুংথংবী লাম্বাবাবু লাক্লবরা হায়না পিরেম থারুক্লনা নুংশিখোং খোংলেন হেমতৌয়ায়নে ।*

## চৈতৈন্যপুর

কুমশক ১৭৬৬ পোইনু ৮ নি শকোনশেন্তা মৈতেংগু লৈরেন নোংলেন খোম্বানা উত্রাদা ফমদুনা ফম কাইএ । শ্রীযুৎ স্না য়াথং চৈতৈন্যনিত্যাইতা কৎতুনা কামুতা চৈতৈন্যপুর হাইনা সুপিতার ৩ মাপু খুনশেমহনএ । লৈবাক্কী ফৌরুপ চাহল্লে । *(চৈথারোল কুম্বাবা)*

*মৈতেংগু লৈরেন নোংলেনখোম্বা - খৃ: ১৮৪৪ দগী ১৮৫০ ফাওবা পানখিবা মৈদিংগু নরসিংহ ।*

## চৌরৈ সিয়িনখোং

মোংবা তুথুপমাদি নোংয়াই হাওচাংসি লাসেংয়াঙবু ফানারৌএ । ব্রাকয়ৈ মখুনেৎসু লোকলৌএ । অদুনোংগীবু

হাওচাংসি লাংসেংয়াঙ হুয়েন লানকারম চৈরে সিয়িনখোংও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*তোরৈ অমদি খুমনগী হাওচাংসি লাসেংয়াঙবু ফাদুনা হিসু ফংহৌই। মরম অদুদগী হাওচাংসি লাংসেংয়াঙগী লাল কারকফম চৈরে সিয়িনখোং কৌখি।*

## চৈরে ফিতালাক

হিথেল চংলৈমাতি। কেকে মোইরাং উরা ঙাংঙোইপা মতাইরেম লমপু থোংঙাই য়াংখুপানা লোকখা লোইকেনপানা হাওখা লোইনেনপানা হাওখা লোই হাইঙে। লোকখা মরৈমাপী হাওনু তোমসোল লাংমৈনুনা হাওখা মোৎতালি খেনতে লানতালি চাইরেন লিনুংচঙতা। হাওতে অথুমপা ব্রাংলৈ অয়াকপাতা নাব্রা খোয়রী তিঙনা য়াইতমখিএ। লমপু থোংঙাইয়াংখুপানা চৈরে ফিকোননুংকী চেংলৌ মিৎথিংলে মিৎয়েং সানখৈয়ে। চৈরে ময়িনফি অরনপানা করম তাকলকপনো। অতুনোংকিপু চৈরে ফিতা লাকও তৌনা কৌএ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*হিদেন অতোঙবা অমদি মোইরাংনিংথৌ উরা ঙাংঙোইবগী মনাই থোংঙাই য়াংখুবা লোকখা হাওখা লোইথৌবনা হাওখা লোই থৌরুবদা, লোকখা হাওখাগী লৈমা হাওনু তোমশোল লাংমৈনুনা হাওখা খেন্দে চাইরেনগী চফুদা য়ু অথুম্বা ময়াক কনবদা অঙাংগী খোয়রী তিংদুনা য়াই শেমখি। থোংঙাই য়াংখুবনা ফিনুংদগী য়াইশেম্ববু উহৌরে। মাগী অরনবা ফিনা উহন্দুনা তাক্লকই হায়বদগী চৈরে ফিতালাক কৌখি।*

## চোথে নুংসুকচীং পানপী নাউথেমচীং

চোথে নুংসুকচীং পানপী নাউথেমচীংব্রো কৌপতি কতৌনোংকিনো হায়রাপাতি। হাউনু তোনতৌনু লৌথিপীনা মপারীসুং মসাৎতা মমোমমাসুং মফুইতা। থৌতু নুংতুমমাপু নমতা পোনা পানপী নিঙপাকপাপু থাতা পমনা নাউথেমখি এ। য়িতু চোথে পাখংপাব্রো হয়েং নমোম ঐনা সেনেমসে হায়ঙৈতি সেনেমলকও সেব্রাংসে হায়ঙৈতি সেব্রাংলকব্রো হায়না মতু চোথে পাখংপাপু লনকৌখি। সমপুম মতাঙমাপু হুল্লকএ। অতুনোংকিপু চোথে নুংসুকচীং পানপী নাউথেমচীংব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*হাউনু তোনতৌনু লৌথিপীনা মচা পোক্তরবদা থৌদু নুংনা নঙ্গন্দা পোরগা পানবী অচৌববু মথাদা পমদুনা নাউথেমখি। ইবুং চোথে পাখংবা হয়েং নচা নমোম ঐনা নেম্লসি ব্রাংলসি হায়বদা নেম্বী ব্রাংবীও হায়জখি। মদুদা সমপুম মতাঙ হুল্লকই। নুমিৎ অদুদগী চোথে নুংসুকচীং পানপী নাউথেমচীংও তৌনা কৌখি।*

## চোনমৈবী চোনমৈবা খোং

লানলোই চোনমৈপী চোনমৈপানা খোংমা তৌএ। চোনমৈবী চোনমৈবা খোংও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*লানলোইগী চোনমৈবী চোনমৈবানা তৌবা খোংনি হায়বদগী চোনমৈবী চোনমৈবা খোং কৌখি।*

## জয়নগর

ইম্ফালদগী নোংচুপতা মাইল ১০ চংশিল্লগা মাকলংগী মনীংদা লোইজিং চীংখোংদা শঙাইথেল কৌবা থেন অমা লৈ । মফম অসিদা শ্রীযুৎ গৌরশ্যাম অমসুং মনাও ইবুঙো জয়সিংহনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লমই । জয়সিংহ মহারাজগী মমিং লৌদুনা কোনুং অসিবু জয়নগর কৌখি। ইংশোক ১৭৬৩ দা মফম অসিদা শ্রীযুৎ গৌরশ্যামগা ইংরেজ গবর্নমেন্টকা সন্ধি পত্র অমা ইনখি । সরকারগা মৈতৈগা শম্নবা মাসিনা অহানবনি। *(ভূগোল অহানবা)*

## জাত্রাপুর

জাত্রাপুর লৈমঙনও কৌবদি কদৌনোংগীনো । লাহালনোং নন্দরুহিনি মপারি বল্লরাম অহলবনা চীঙঙু লাইফম থিনা খোইয়ুম লাইয়ুম চংলকঔে । ময়িম থোংনাই মনিল নাইবনা লমসঙ লৈনা খলনা য়োইচালনঔে । ময়ুম থোংনাংময়াংনা চীঙঙু লাইফমথি খোইমোম লাইফম চংববুদি জাত্রাও কৌএ । অদুনোংগীবু জাত্রাপুর লৈমঙলও তৌনা কৌএ । *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*জাত্রাপুর লম করিদগী থোনখিবগে হায়বদি থায়না নন্দরাজ অমসুং রুহিনীগী মচানিপা অহল বল্লরামনা তীর্থ কোয়না চংতুনা লাইগী লাইফম খুদিং চঙলকপদা শক্লাইরবা ময়াংশিংনা লমলক্তা শঙ শাদুনা সেবা তৌই । ময়াং লৈবাক্তা তীর্থ চত্তুনা লাইফম কোয়ববু জাত্রা কৌই । মরম অদুদগী মফম অদু জাত্রাপুর কৌখি ।*

## জিরি

(১) লমলেন মদাইমা থোংনাং তমলৌরেল জিরি কৌবদি কদৌনোংগীনো । থোংনাং মনিংথৌ পদখোর নিংথৌরেলগী মদাইরেম পানোক য়াব্রা সিঙচঙ লেংদাথোংনা পামেল পিথি উয়ানবগা থাংয়ি খোংচারোংবা মপারি লোনলোই কৌবা ইমরুদা চীংমিংথোংবু চুনবা চীংজেং নারন পাঙ্গনবনা । তুমি মপুংয়াই পাসা মরৈপাকপু ইন্দালগে হায়না হিবু চীংদোল ফৈনা শম উতি খমখোই ঈবু কালনা চোংলকপগা লমওক্লরে । থোংনাংপিথি উয়ানবনা খোইমা নারোম্নুংগী পামেল উয়া হেপলকপা নংবু খোইমোম লাইরা নমু পোংলা চেংলৌহক্লা খুবা নংবু কনানো হায়না পাওহংববু । ঐনে পোইরৈ চীংজেংনারল পাঙ্গনবনে পোইরৈ ইপারম ব্রাংঙম ইপুরমবু করিগী পামেল উরকচঙনা তল্লা হোয়াল্লম্বনো । থোংনাং নরমখৈবু নত্তে পোইরৈ ইরমখৈনে হায়না

পাওমেলববু। থোংনাংসিঙচঙ য়াওব্রা লেংদা থোংবা পামেল উরুতুপ্পা তল্লা তোলপাক লৌ পামেল মিংথারাওনা তল্লা ঐগী উয়ানফম পামেল হোইসোলফমদা করিগী চিনকোই য়াম্না পাওমেল্লকপনো হায়না পামেল উরুতুপলবা থংচি নালোংনবগী লমচিংবা থোংনাংনরমখৈনে হায়রবদি তল্লা নংগী নয়ালখাক পামেল অতুপখাক্লা ব্রাচুমসুনো । ময়াং নংগীনরমখৈনে হায়রবদি খোংচি নারেংলোন্না পামেল হোয়চিংববু থোংনাং ননিংথৌবু য়ৌরবদি ময়াং নরমখৈনে । তল্লা হোইথেম ঙমদ্রবদি পোইরৈ ইরমখৈনে হায়রবদা । খোংচি নারেং লোন্না তল্লা হোইথেম্ববু হোইয়াদ্রবগী পোইরৈ নরমখৈবু ওইরে । পামেল উমল মতুপ পিগে হায়না উচির লমচিংবনা সনা চিকাপৈ লুপা চিঙপুসানা পামেল উতুপ থীরময়ে। অদুনোংগীবু উচির উমল থীরম থংচি পাত্র তরেৎ ঙম্বা পামেল উয়াল্লমও কৌববু থোংনাং মতেংথানা ময়াংসৈসক্লবা চিরি চাংকৎলমও তৌনা কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

(২) চেংলৈ শলাইগী থাংই খোংভ্রোংবগী মচা চীংজেংনারল পাঙ্গলবগা ময়াংগা লম অসি মুন্নবদা লাই সাক্ষী য়েংনখি। উজাও অমা য়ানদুনা চিংনবদা ময়াংনা চিংবদদি চৎলু য়াদ্রে, পাঙ্গলবনা চিংবদদি জিরি জিরি চৎলে, অদুদগী লম অসিবু জিরি কৌখি । *(মৈত্রবাক্কী ব্রারী)*

## জুবরাজ চীং

কৌবা চীংশামদি লম্মারোক লৈপানচানা হুয়েন লানগাচিংনা । পোইরৈ মৈতৈ ব্রাকচীং ঙাচা পুংগ্রাইচানা থোংনাং জুবরাজ ফারৌএ । জুবরাজ চীংও তৌনা কৌএ । *(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

## তকশোন পুঙ

অঙৌপা কাইনও চিঙশোমপানা তমপা ৱাংঙমলোন অসিপু খাপা মারালয়ায়তা করমনা য়াংগোইঙামপানো কললকয়ে হায়না নুংশি খোয়খৈ তানা তকলওশিতঙশোন্না শোনমোইরময়ে। অতুনোংকিপু নোংপান হোঙনেমশুমপা তকশোনপঙ য়াওৱা লৌচাউ চেঙকোই লৌচাউ ফানা পুঙও তৌনা কৌয়ে।

*(পানথোইপী খোংকুল)*

*নোংপোক নিংথৌনা মশানৌ পাম্থোইবীবু খাবা য়ুমদা করম্না লৈরিগবনো হায়না মবুক নুংশিনা তকশি শোল্লম্মী। মরম অদুদগী নোংপান হোঙনেমশুমব তকশোনপুঙ মখোন চাউবা চেঙকোই লৌচাউবা ফাব পুঙ কৌনখি।*

## তকুপু অঙাল

চীঙঙু খমতিংকোল চীঙয়া ফৈথিংবনা কোরৌ নোংমদোন্দগী তকুপ তকুপ য়াংনা ঙান্না তারকএ হায়বগী তকুপ অঙালও কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## তকুপমৈ

চীঙঙু খমতিংকোল চীংঙয়া ফৈথিংবনা তুবি মৈরেল মাবু চিকনা মৈপুল হাইচাও থালনা কারকএ হায়বগী সিরিমৈ কৌএ। তকুপ তকুপ তারকএ হায়বগী তকুপমৈও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## তকুপ তাঙাল

তাকুপ মচীঙলেন তাঙাল মরৈপুংও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহালনোং নয়ু তুবি য়োইনোংতা নোংতা লাইরেল পাখংবনা। অৱাং কোরৌ নোংতোলগী খুলকুমঙৈ তকুপ তয়াংনা ঙান্না তারকএ। অদুনোংগীবু তকুপ তাঙালও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## তখেন পুংকাউরৈ

হাওরৈ খানা পাংবারম লমলেন মদাইমা তখেল পুংকাউরৈ কৌবদি কদৌনোংগীনো। নয়ুৱা চিঙখোঙ

পোইরৈতোনগা মতৈলৈমা লৈনাওতাবীগা অনিনা মপারি খাইনায়াম মমোম তোকনহকলবগী। লোইবী শিদবা হেম্বা নাদববু লৈরিগবরা হায়না পলেম মমা লৈকোইথোং খুয়া থৌবি মরাকচাম য়োংপী চৈশু মরুংকুম্না খুম্থিঙৈদা রাংলেন মপুংচাবু কাউরমলে । অদুনোংগীবু তখেন পুংকাউরৈ ও তৌনা কৌয়ে। *(লৈরোন)*

*খা মায়কৈ পাংনা লৈবা অথোইবা লম অমবু তখেল পুংকাউরৈ কৌবদি করিদগীনো। নবুথৌ চীংখোঙ পোইরৈতোন্না মতৈমা লৈনাও তাবীগা অনীনা মচানিপা নুপী পোকপবু শিমল্লবগী চীংগী মফম করম্বদা শিদনাদবা লৈরিবরা হায়না খুয়া চাথংনা চৈশু মচিন তুমশিন্না খুন্দাফম থিবদা মখোয়গী য়ৈনবা পুংবু কাউরমলে । নুমিৎতুদগী লম অদুবু তখেন পুংকাউরৈ কৌখি ।*

## তনপা মুকতমথেন

(১) নমান নিংথৌ খাপা শেকচ্রোমপা কংলৈ লৈপাক মপাকি মতাইরেম ময়াং খোয়তোঙ শলশেনপা খোয়তোঙ থোংতা লেপপানা। মশল ঙাঙপা ফৈতাঙপা ঙৌপা লাইতোঙপাকা মানপী লীকাথু কাওরেল লীকালৌনা অৱাং লাইনা পাংপারম মুৱা লোকলেলকোলতা লাংপল কাওরেল শলশেনপা কাইপী শলঙাকপতা । তমপা ৱাংঙমলোনও নতু লাইপাখং তরেৎ মানা কাওরেল মচি কয়া কুইপানো হায়না খীকলোয় তাংমাথেক্লা কাওরেল মচী তমনারে । অতুনোংকিপু খোইমোম লাইচীশোক তমপা মুকতমথেন ও তৌনা কৌয়ে ।

*(পাম্লোইপী খোংকুন)*

(২) কৌবা মতাইমদি তনপা মুকতমথেন ৱাংদৈ হামেংঙম খোইয়ম লাইচিশোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো হায়রবদি। চীংঙু নোংথৌ সোরারেন্না মেনাং তনবা শানামুং অঙৌবা তুরেংকাইবু ইনুং শোয়য়ায়মদা থাদরকএ । নুংপান চৌপ্রিপনা হাওমুক্লা লেংফাইচন মোংবা খুরৌ তাজিন য়েৎ খোইয়ম লাইচৈ পায়না মুকতমখিএ । অদুনোংগীবু তনপা মুকতমথেন খোইয়ম লাইচিশোক ৱাংদৈ হামেংঙমও কৌএ।

*(লঙ্গোন চীঙ্গোইরোন)*

*লাইনিংথৌ সোরারেন্না অহিং নোংয়াইদা হামেং অঙৌবা থাদরকপদা লুৱাং চৌপ্রিপনা মুক্লা শান্নদুনা লোংখ্রৌ য়েৎপবু লাইগী চৈ পায়দুনা তমখি । মরম অদুদগী তনপা মুকতমথেন ৱাংদৈ হামেংঙম লাইচিশোক কৌখি ।*

## তবুংবা ব্রারেপনুং

চেংলৈ মদাইমদি মৈতেংঙু তবুংবা মদাইরেম থিংপা নিংথৌ ৱাশকপনা মরাম নিংথৌ থিংকোনহনবগা । মৈতেংঙু তবুংবা ইপুংঙু তাও ও মরাম য়িচীংলেনবু কাবিগুনো থিংবা য়িরমখৈ ফংবিগুনো হায়না । মেনাংতনবা সাখৌথৎ সায়ি নুংতা তয় থৌতু লেপনাখিন চেঙচা লেপনা খিননা ব্রারেপনৈ এ । মৈতেংঙু তবুংবা ব্রারেপনুংও তৌনা কৌএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*চেংলৈগী লমদম অমদি মৈতৈ নিংথৌ তবুংবা (খৃ: ১৩৫৯ - ১৩৯৪) গী মনাই থিংবা নিংথৌ ৱাশকপা মরাম নিংথৌ থিংকোনহনবগনা । মৈতৈ নিংথৌ তবুংবা ইবুঙো তাবীয়ো - মরাম ঐখোয়গী চীংজাওবু কাবিগনু থিংবা ঐখোয়গী লমখৈ য়ৌবীগনু হায়দুনা হামেংগী মখৌ থৎলগা তারকপা ঈনা নুংদা তৈদুনা য়ুংলগা ৱাশক্লখি । মফম অদুবু তবুংবা ব্রারেপনুং কৌখি ।*

## তবুংলোক

চিংদাই নিংথৌ খেলেম্বগী মচানুপীবু মৈতৈ নিংথৌ তবুংবদা অহানবা থাজৈ । মৈতৈ নিংথৌনা মহাকপু শক উহৌদবদগী থৌওইবীদ্রবদা চিংদাই নিংথৌনা মচানুপী অসি তিংশোং নিংথৌদা থাজখি । মহাক্না ইচানুপীবু লৌরবদি মৈতৈ নিংথৌ তবুংবদা চহিগী লোইপোৎ কাগনু হায়না চিংদাই খেলেম্বনা তিংশোং নিংথৌদা থিংলে। তিশোংনা মৈতৈ নিংথৌদা লোইপোৎ কাদ্রে । মৈতৈ নিংথৌনা মনাইশিং থারক্কুনা লোইপোৎ থৌবা লাকপদা তিংশোংখুলদা খেলেম্বগী মচানুপীনা ফি শাদুনা লৈরম্বা অদু মৈতৈ নিংথৌগী মনাইশিংনা উরে। নুপীমচা অদুগী নিংথিবা শকফম অদু উবদা হংলকই । তিংশেং নিংথৌনা খুমলকই ঐগী নুপীনি লৌরুবা কুইদ্রি। চিংদাই নিংথৌগী অমত্তা পোকচবী মমোমনি হায়না খুন্নবদা । নিংথৌগী মনাইশিংনা করিগী লোইপোৎকাদবনো হায়না হংবদা । ঐনা নুপী অসি লৌগে হায়রবদি মৈতৈ নিংথৌদা লোইপোৎ কাগনু হায়না ইকুনা থিংই। মরম অদুনা ঐনা লোইপোৎ কাদবনি হায়না খুন্নবদা নিংথৌ মনাইশিং অদুনা কোনুংদা লাক্নে । থৌগন পাও তমলুরে। চিংদাই নিংথৌ খেলেম্বনা মাগী মচানুপীবু লৌরিবা তিংশোং নিংথৌনা মৈতৈদা লোইপোৎ কাগনু হায়না থিংখরে । চিংদাই তিংশোং খুল অনি অসিগী মরম করি লৈগে হায়না মৈতৈ নিংথৌদা হংলবদা মৈতৈ নিংথৌনা হায়রকই । চিংদাই খেলেম্বনা লোইপোৎ কাদবগী ঐনা লাক্লিবমখৈদি লোইপোৎ পীরোই হায়বদা । ঐনা চৎলুবদা মানা মৈতৈগী নিংথৌ অশেংবা ওইরবদি চীং অসিদা ঈশিং থোকহল্লু হায়ববু ঐনা পায়বা তাগী তানিংনা য়ুংবদা ঈশিং থোকহৌরে । ঈশিং থোকপা অদুদা ঐবু মৈতৈ নিংথৌনি হায়বা খংলে । খংলবনিনা ঐগী ইচানুপা পোক্তে ইচানুপী অমতং পোকলিবা অসিবু নিংথৌ নঙোন্দা ঙসিদগী পিরবনে লৌবীয়ু হায়না পিববু । ঐ লৌরগনি হায়রম্লগা ঙসি ফাওবা চৎতবা অদুগীদমক্তা শাওবনি হায়বদা মনাইশিংনা হায়। মাগী মচানুপী অদু মশক মতৌ নিংথিয়ে । মাগুম্বা নুপীসি অতাংবনি হায়ববু। মৈতৈ নিংথৌনা অদুদি তিংশোংগা মাগী নুপীগা কৌকুরো হায়না মনাইশিং থাদুনা । তিংশোংগা মাগী নুপীগা লোইননা কৌকদুনা কোনুংদা থমলে । থাবুম নিপাল লৈরক্লবদা । অহানবা নংবু পোকপা পম্বৌনা ঐঙোন্দা পিবনি। ঐনা লৈপাক্কী থৌচিনবানা লাকপা ঙমদবদগী নহাকপু তিংশোংদা থাজখ্রে। হৌজিক করি খল্লিবগে হায়না হংবদা ইবেমনা খুমই । লৌবিগনি হায়রবদি ঐদি অহানবগী ইপাগী য়াথং কাইজবোই । নংনা ঐবু লৌবিদবদগী অসি থোকলিবনি হায়রবদা ফরে অদুদি ঐনা অমুক নখোয় অনিবু থিল্লগে । ঐগী লৈনবা লোক অমদা য়ুম শাহল্লু । নংনা নংগী নুপাদা হায়য়ু ঐখোয় কোনুংদা থা নিপাল লৈরুরে । ঐখোয়গীদা থানিপাল নিংথৌবু থমশি হায়য়ু ঐখোয় অনিনা কায়নদনবা থৌরাংশি হায়না থৌশিল্লগা। তিংশোংগা হাওরৈমগা মৈতৈ নিংথৌ তবুংবগা লোইননা তিংশোংখুলদা লাক্লে । তবুংবদি লোক অমদা য়ুম শাদুনা থম্লে । থা নিপাল লৈরে লোক অদুবু তবুংলোকও তৌনা কৌনয়ে। ***(উমংলাই খুন্দা )***

*তবুংবা - মৈদিংঙু তেলহৈবনা ম্নরেম্বী পান্নদুনা তবুংগা সনায়াংমু খ্বাইরাকপগা অনী পোকই। মৈদিংঙু তবুংবনা নিংথৌ ওইখি । মৈদিংঙু তবুংবনা নোংবাল্লোন লম্ফেন ঙম্বী পান্নদুনা লাইরেনবগা পুন্সিবগা অনী পোকই । অনীমক নিংথৌ ওইখি । লাইরেনবদি শোইনাইদে ।*

*চৈথারোল কুম্বাবদা তিংশোংসি চীংশোং হায়না ই । চীংশোং নিংথৌগী নুপী লারা লাশংনু শাফবীগী মলোম্না মৈতৈ নিংথৌ তবুংবা হাংখিবগী মতাং চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি - " শকাব্দ ১২৮১ দা মৈদিংঙু তবুংবনা নিংথৌ ওইএ ... । অমসুং অরাংলমদা চীংশোংহাওনা ফীবোংচামিলোই রাংগোন পুকৈ লোইবু*

*পীদে হায়দুনা চীংশোংদা লান্দাখিবদা চীংশোং নিংথৌ খামলংবনা মতু লারা লাশংনু শাফবীগী মলোমনা মৈদিংঙু তবুংবগা মনাই অকাংজমচা তোখৈবগা হাংখিএ । চহী ৩৫ পাল্লমএ ।*

*ওইনাম থিংঙেন্দা লৈরিবা ইরৈমগী লাইনিংথৌদি রাংরেননি । ইরিল তুরেল মপান্দা লৈরিবা ইরৈমনা চিংদাই নিংথৌ খেলেম্বগী মচানুপীনি ।*

## তরাখঙ

মোংপা মতাইমাতি লমলেন তরাখঙও কৌপাতি । হৈরেম চনুরা অমপু লাইচা য়িতা তানা সিরে । মপলনা নুমিৎ তরানি সুরপাতা লাইচা য়িরোননুংকী থিখঙলে । লমলেন তরাখঙও কৌএ । ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*তুরেল মতাই অমদি তরাখঙ কৌখিবদি । হৈরেম খুনগী নুপী অমা ঈশিংদা তাদুনা শিরে । মপানা নুমিৎ তরানিশুবদা ঈশিং মনুংদগী থিবা খঙই হায়বদগী মফম অদু তরাখঙ কৌখি ।*

## তরাতংঙা কোনচীং

ময়িম শেল্লোই লংমাইদি থাঙঙা মচীংশাংখুনফম মকাইফমগীবু মরান ওন্দেরক মচেঙ হনরাইরক্লবদা । লাইবেল মৈদিংঙু উবাকোম্থৌবনা খোয়মা লাংখোঙলেঙ লাংফম মখুমহাংনা শেল্লোই নাফানিক লংমাইশিফা নীক্লে । শেল্লোই লালয়াম ফাবে ঈমু নাফানিক্লা ঈহাং ঈচেন্নরে । তিমেন তাখোমথুম থাঙলেন খুৎতুম ঈঙাঙ পক লালু চোমায় ফোয় পোইরৈ থাঙলেন মখুমহাং কবাক চেংলৈ পানগুম নমনারৌয়ে । লাইরেন মৈতেংঙুনা শেল্লোই কজেং থাঙযানখাক কয়া হেনখিবনো হাযনা মিৎয়েং শানখৈববু য়াংলৌ লমফাই চেল্লে । খোয়মা লৌহিং শানথুপ্পা শেল্লোই অখম্বা লংমাই অকোনবা তবাদং কোল্লৌয়ে । অদুনোংগীবু লাইরেন তরাতংঙা কোনচীংও তৌনা কৌয়ে । ***(নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা)***

*কজেং থাঙযানখাক - থাঙনা হাৎকদবদগী চিথিহৌবা । কয়া হেনখিবনো - কয়া চেনখিবনো, নাহোকাখিবনো। মিৎয়েং শানখৈববু - য়েংববু । খোযমা লৌহিং শানথুপ্পা - নাপী মরক্তা লোৎতুনা লৈহৌবা । অখম্বা - ইকোন কোনবা ।*

*শেল্লোই লংমাইনা থাঙঙা খুনফম লান্দাক্লবগা হল্লকপদা মৈতেংঙু উরাকোম্থৌব (খৃ: ৫৬৮ - ৬৫৮) না লুমদুনা লৈরম্বদগী চোংথোক্লুনা লাল তৌনবদা শেল্লোই লংমাইগী মীয়াম শিরে । মীয়াম অমসু ফারে । অশিবগী ঈনা ঈশিংগুম চেল্লে। মৈতৈ লাম্মীগী থাঙ তা পুম্নমক ঈ তৈদুনা ফাবা য়াবা ফারে, হাংপা য়াবা হাংলে । মৈতৈ নিংথৌনা শিহৌদবা কয়া চেনখিবনো য়েংববু নারক্তা থুপ্লুনা তরাদং কোন্দুনা লৈহোই । মরম অদুদগী মফম অদু তরাতংঙা কোনচীং কৌখি ।*

## তরাপাৎ

[১] য়োইময়াইনা খিংখিংমকারকপাতা । খুৱাই নোংচেংপম নাইচা য়েকমা হাওতংলা নমু পোংপারাচা অতনপানা [২] থিংলৌ পানতমলাকনা খৈপা । [৩] তাঙচা লমফমপা খোয়মা লিলা নাথেৎপনা [৪] চকপা থোংখোং কাবললী লাংলেন কোংয়াং ৱাসালী লৈনুং হীকাপ য়াইকাপলী কাচেং তাংখু তাংহললী চাখাকৈরেল সোকনালী । খুমাঙ লেংকা তমনা খোয়মা লাংতোনথক্তা লমতললী য়েংতহৈপা চেকসিনলী তোনতাহৈপা ফৈথলী । হংঙোই

তাউকাপ লীপু লীরি থমমোয়তিং লকা তেনমৈ লাকনা লাপা কনহৌ নীকনা তেনথারপাতি । নোংপোক তৌরিং লৈমচা [৫] তাউহুইরেং অহনপাপু সোয়য়োনলে । নাব্রা খোইচু তেননা । [৬] লাংকোই থনুংথিৎনা তেনপাল্লে । [৭] ইমু ফিরাক সানা তরাউ তরাউ কাপথরে । অতুনোংকিপু তরা পাংও তৌনা কৌয়ে ।

***(নুমিৎ কাপ্পা)***

*[১] নুমিৎনা মশা কেণ্ডনা হৈনীংনা থোরকপদা । [২] শা ফানবগীদমক মপা লাকনা য়েংবা । [৩] লিন্না নাপীরক্তা লৈবগুম অশোংবা মরক্তা লোংতুনা লৈবা । [৪] চকপা কারল লম্বুবনা থাবা ব্রাগী পৈয়ানা তারগা লীওইনা লীরী তেন্দোং শেমদুনা কাপ্পদা শোয়বা লৈতরবা । [৫] ময়াম্বা তাউহুইরেং অহলদদি পান্দরে । [৬] তোংলকপা শগোলদা মপুক ফাউনা পাল্লে। [৭] ঈনা পুঙাং ঙাংলে।*

*নুমিৎনা থোকপা হৌরকপদা খ্বাই নোংচেংপম নাইচানা শা ফানবা লুমদুনা লৈখি । চকপা থোংখোং কারল লম্বুবনা থাবা ব্রানা লীরী তেন্দোং শেমদুনা কাপখিবদা নোংপোক তৌরিংলৈমচা তাউহুইরেং অহনবদা পান্দনা মানা তোংলিবা শগোল্দা থুম্না পাল্লে । ঈহিং নাহিং শানা তরাউ তরাউ লাউনা খোংনা তারে । মরম অদুদগী তরাপাং কৌখি।*

## তরেৎ নমথৌচীং

লমলেন তরেৎ ঙাইরৌচীংব্রো কৌপাতি কতৌনোংকিনো । নোংপোক হাওচেং নুরাপী হাওনু সামননুনা কোনপি মচিন মনাওনা । মমান মচা খুমন কাতেং খুৎসাফপাপু সাথিয়ে হায়না হুললানখিএ । য়োইময়াই তাউতনপাপু য়িমানমচাপু সাসে হায়না লাইচা নমথৌয়িতা লোংখিএ । থুমলাং ময়োন সৎ তাউচিং হয়কা সোইনা পাউথেমপাপু । য়োইময়াই তাউতনপানা য়োইপুনাই নোংপোক হাউসম নুরাপী হাওনু সামননু নঙতি। খানলৈ লৌহোন মীরৌমন লংমাই মীখুৎফানে মাই কতৌনাকো হায়না লাংকোই সামায় ব্রোনব্রোনখিএ । হাওনু সামননুনা ঐতি য়িপলব্রোইপাপু য়িকাইএ য়িতু সেনকোই এ তাইপং নমু পোংপু ব্রোইঙমলারোইএ । মোমনু তাঙচা লুরেনতোনপু মালেম লয়তা তানা নোংমললাপাকা । য়োইময়াই লাইরেল তাউতনপানা মোমনু ফৈরা তাপুমথকতা লাননাসুনো । নুমিৎ মঙান অরাপাপু থংলেন ব্রা নুংসিকুমপাপু ব্রোইনা ঐ খাননারৌকে হায়না তাঙচা লুরেনতোনপু মালেম লয়তা য়ুংনা নোংমনখিএ । তাঙচা মসমতোননা পামেল উব্রুরা ব্রোইখিএ । সমু মহকসাংনা পামেল ব্রুথুম ঙারৌপীতলা নোংকাংলীপু সানব্রোনখিএ । অতুনোংকিপু তরেৎ নমথৌচীংব্রো তৌনা কৌএ । ***(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*সাথিয়ে - তমথিয়ে । হুললানখিয়ে - থাদোক্লম্মী, হুন্দোক্লম্মী, । য়োইময়াই তাউতনপাপু - নুমিৎপু । থুমলাং ময়োনসৎ - থুম অফবা লৌদুনা । মীরৌমন - মীগী লৌমন । কতৌনাকা - করি তৌনগদবনো । সামায় - মমায়। ব্রোন ব্রোনখিএ - ওনখিয়ে । য়িপল ব্রোইপাপু - ইপা ওইবশিংবু । য়িতু সেনকোইএ - ইবুং ইপ্পাশিং ইকাইয়ে। নোংমললাপাকা - শিরবগা।মোমনু ফৈরা তাপুমথকতা - নুপীগী ফৈগন্দা । লাননাসুনো - চংখিসনু। খাননারৌকে - লৌহৌগে,লৈহৌগে । ব্রুথুম ঙারৌপী - উ পাম্বী অমা ।*

## তরেৎ লৌসেলতা

কেগে তরেৎ লৌসেলতা সেলতা ঈব্রাইকোল তীনহুল হাথালৌ তীনলাই পোংপেলৌও কৌবদি

কদৌনোংগীনো । লাহল হয়িঙৈদা অমল সিথিলবাদা তরেৎসেলনা ওঙলবদি নাদ য়েপয়ে তেৎনৌ য়োৎনা ওঙলবদি নমদাপো । তরেৎ মসেলনা নাদ য়েপপবু তালৌরে থিঙলৌ অমরক নিঙনা তেনা লাইজ ঈরোন নুংগী খোয়মা লাকাথকতা লৈঙামববু সমু মখুৎতোলনা ব্রায়খৎলক্লে হায়বগীবু তরেৎ লৌসেলতা সেলতা ঈব্রাইকোল তীহন হাথালৌ তীনলাই পোংপৈলৌ খ্রা তেকতাকলৌ । চাদনা তনতুম লৌ থকতনা য়ুসৌকাপা লৌ কৌবরু পুয়েক চনু তৌইপী সোয়পাই লালথেমবীনা খাকোক নিঙথাংলৌনে । হুয়েল লালনিগীদি খুমল তোলবা অথৌবা ফানালৌও তৌনা কৌয়ে। ***(মোইরাং লৈকোই পুঙ)***

*তরেৎ লৌশেলতা কৌখিবদি মামাংঙৈ মংফমদা অশিবা পুথোকপদা শেল হাপ্লবদি নাদ থেৎলি য়োৎ হাপ্লবদি নমদা পোহল্লি । শেল নাদ থেৎপবু তাহৌদুনা অমুকহন্না থিরকপদা ঈশিং মনুংগী নাপী মকা মথক্তা লৈরম্বু খুৎনা লৌখৎলক্লে হায়বগী তরেৎ লৌশেলতা কৌখি ।*

## তাইবিপাৎ

চিঙখোঙ কোয়মনাওগা লুব্রাং নাহা য়াওশা তালবগা পূমনা তাইনা লৈরে হায়বগী তাইবিপাৎ কৌয়ে।

***(থিরেন লাইচম)***

*নুংবীরোম্দা কংলাগী লাইফম তাকপদা ইরিবদি - " ঙায়েন শংদি লুব্রাং নাহা য়াওশা তালবগা চিংখোং কোইমনাওগা তাইনরে পুম্মানারে পুমলেন তাইবিপাৎনে ।"*

## তাইতন সুনাচীং

লোইবী মখনমবু তাইতন সুনাচীংও কৌবদি কদৌনোংগীনো । চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংবুরোয় তমবু কোন্না লাংওল্লকপদা মতৈলৈমা লৈনাউতাবীনা শানৌ চীংখোঙ পোইরৈতোনও ইপিঙঙানা পোইরৈ শিদহৈ ব্রাঙম নাদহৈবু খুনথিরকপদি । চৈরৈ আয়িলতাম মাল্লৌ অশেৎব্রাংলে হায়না চৈরৈ ময়িলফিবু তাইনা মেননা মেননা থারময়ে । লৈমা লৈনাউতাবীনা সুনা হাউতৈরোন্না ইহোং কোংতিং থাংলময়ে । অদুনোংগীবু তাইতন সুনাচীংও তৌনা কৌয়ে। ***(পোইরৈতোন খুন্থোক)***

*চীংগী লম অমবু তাইতন শুনাচীং কৌবদি করি নুমিত্তগীনো । চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংদা খুন্দাফম থিরম্বদগী অকোনবদা তমদা খুন্দাফম থিরকপদা মতৈমা লৈনাউতাবীনা ইনাও চীংখোঙ পোইরৈতোন ঐখোয় অনীনা মৈতৈ তম্পাক্তা শিদবা নাদবা মফম থিরকপদি শেংনা ইন্নবা ফিবু ব্রাংলে হায়দুনা ফি মশীং থীরমই । লৈনাউতাবীনা শুনা লোম্দুনা ফি শারম্মী হায়বগী তাইতন শুনাচীং কৌখি।*

## তাইপিলোক

নিংথৌ পোংপা তরামানা হাউসি ঙমকাচিংনা মালেম লৈমায়থকতা । লোইপি চীংপুরোই হেমপা তমপু থনপাকা তাউতনপা সনা সেনকোয়রেংনা নুমিৎ মকাইফমপু ইনতাল্লকপাতা । হেমপা য়োমলোই হৌ মারেম য়োমতমপৈনা নোংপোক তৌরিং লৈমচা থপী সেনকোয়রেং অপানপাপু মানপি খুতপননা পুরুম ঙাময়ে । অতুনোংকিপু তাইপিলোকও তৌনা কৌয়ে। ***(নুমিৎ কাপ্পা)***

*নিংথৌ পোংবা তরা - পুখ্রনবা, নোংথোনবা , খ্বাইরাকপা , য়াইস্কুল্লাকপা, হিয়াংলোই হঞ্জবা, চোঙথানবা*

*হঞ্জবা , ইমাগুলোয় হঞ্জবা, ইমিগুলোয় হঞ্জবা, ফমথকচা অমসুং নাইখুরাকপা ফম্লাইবা তরা অসিবু নিংথৌ পোংবা তরা কৌনরম্মী । নিংথৌ পোংবা তরামক্তা নুমিংসনা খোম্মদোন মাওখিবগী লৈফম কোয়থি থিখি ।*

*নিংথৌ পোংবা তরানা মকোকচিংদুনা চীংমী তম্মী মীয়ামগা তাউতনবা সনা সেনকোয়রেংগী মনাক্তা লাক্লুনা চীংমী তম্মী পুম্না পৈদুনা নোংপোক তৌরিং লৈমচা থবী সেনকোয়রেং অপানববু খুৎলোম্নদুনা খুরুমজরম্মী। মরম অদুদগী তাইপিলোক কৌখি ।*

## তাউজীং হৈপুরোক

শেল্লোয় ঈরোক লাইচম্মদি অঙৌবা নিংথৌ তোরা তাউজীং হৈপুরোক ও কৌবদি কদৌনোংগীনো । অঙৌবা নিংথৌ তোরা খুরায় পনম নুমিৎথোকপু চুনবগা মমোম মৈতৈ লৈমা নোংবাল্লোন খম্বাফাবী ইসোইরোক্কী শাতাফাবী ইহাংলোক্কী শাদা কৈরেন হৌবী পানবা পৌনমথোইবী কৈরেন হিংফোইনবীগা তাউজীং হৈচেন্নঙৈদা। হৈরাঙ পোন্দাইলাক পোঞ্জেং লাইচম খন্না হৈরাঙ লুথোংপুরকএ । অদুনোংগীবু অঙৌবা নিংথৌ তোরা তাউজীং হৈপুরোক তৌনা কৌএ । ***(নোংমাইজিং চিঙ্গোইরোল)***

*নোংবাল্লোন খম্বা ফাবী - মৈদিংঙু কোংয়াম্বনা লৌবা মৈতৈ লৈমনি । মৈদিংঙু তেলহৈবা অমসুং তোনাবা অনীগী মমানি। নোংমাইজীংগী ঈশিং থোকপা লোক অমবু অঙোম নিংথৌ তোরাগী তাউজীং হৈপুরোক কৌবদি করিদগীনো । অঙোম নিংথৌ নুমিং থোরকপগুম্বগা মচাইবেম্মা মৈতৈ লৈমা নোংবাল্লোন খম্বা ফাবী শা কৈ ফাবদা থৌনা লৈবীগী হৈ হেকপদা , হৈশিং অদু থুমোক পোন্নচিংবদা হাপ্লুনা পুরকই । মরম অদুদগী অঙোম নিংথৌ তোরাগী হৈ পুরকপা লোক হায়বদগী তাউজীং হৈপুরোক কৌখি।*

## তাউতেক কোন্নাতা

(১) ময়িম নোংয়াই মনিন নাইববু কোরৌ হননা কাং কুমপি য়ামচেং নীকলাপাকী। অমু নোংকাপামপানা কোরৌনোংতা কানা লাইচা য়িনিরুঙৈকী । চীংঙু নোংথৌ সরারেন অৱাং পাখং য়োইরেনপানা লাইচা য়িথোঙ ফাৎনা ৱাকয়ে মখুনেৎ তোংচেং হিয়াঙকোকমাকা খুমু নৌরোঙমাকাপু লাইচা য়িরানননা ফেনথপিরকয়ে। খুমু নৌরোঙমাতি য়াংপানিনা কোরৌ নোংমতোনতা কেনা লংনা লৈরে। নোংয়াইনা তেংথানা নৌবু তাউতেকৱো কৌয়ে। তাউতেক মখুৎসুপু কোননা তাউথরকয়ে। অতুনোংকিপু খুমন তাউতেক কোননা তাৱো তৌনা কৌয়ে।

***(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*নুঙাই য়াইফনা পানবা খুমনদি নোং তাদববগী অমু নোংকাপামপানা নোংথক কাদুনা ঈশিং নিরুই । লাইগী নিংথৌ সরারেন অৱাংপাখং য়োইরেনপানা ঈশিং ইথোঙ ফাৎতুনা হিজাউ অমগা নৌ অমগসু থাদবিরকই। হিহোন্নবা নৌদি য়াংবনিনা অৱাংবা অতিয়াদা লুনা লংনা লৈরে । খুমনগী মীনা নৌবু তাউতেক কৌই। সরারেনগী মখুৎশু তাউতেক নৌবু কোন্না তাউথরকই হায়বগী খুমনগী লম অদুবু তাউতেক কোন্নতা কৌখি ।*

(২) হাওরৈ খানা পাংপারমতা নোংয়াই চাউপাপুঙ অতোল শাংপায়ায় ফেনত্রা লৈকোয় পুঙ। কাঙতাপাই লাইতোংপানা কোরৌ নোংতাকানা লাইচা য়ীনিপা পুঙতা । চিঙঙু নোংথৌ সোরারেলনা কোরৌ নোংনাংপালতাকিপু ঙারা ঙাচিংনা তুংইন্ননা খমলৌ হিয়াঙকোকসুঙ তোংচেং হিয়াঙনৌসুঙ য়াওনা থাপিরকয়ে। খুমু নৌরোং মখুৎসুসুঙ য়াওনা পিনারকঙৈতা । ময়ুম নোংয়াইনা তেংথানাপাতি নৌপুতি তাউতেকও হায়না

কৌয়ে। তাউতেক মখুৎশুনাতি য়াংপানিকিনা কোরৌ নোংনাংপালতা কোয়না লংনা লৈরময়ে। নোংয়াই খাথানা তেংথানা অতোলনা লাইথানাপাপু কাতায়তা তাকাপনো হায়না কোয়না কোয়না য়েংপাপু ফেলনা লংথরকয়ে। অতুনোংকিপু নোংয়ায় লৈকোয়পুঙ তাউতেক কোলনাতাও থোলনায়ে। *(খোংজোমনুপী নোংকারোল )*

## তাউথোং

(১) পুরিল্লাই চিংখু তেলহৈপানা খোইয়ম কৌপা লাকখোংকা চীংঙু খোঙপান ব্বায়রাপাকা । কেকে লয়মাপানা ব্বাহমলকএ কেকে য়িমাইপা হয়ু পনমনাউ নঙতি য়িয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ সেলোইচীংমাপা লংমাই নামুংপা সনা মখোঙখাতা লাইচা য়িনিকব্বো হায়না থৌসীখোনকী । কেকে মমাইপা হয়ু পনমনাউনা লংমাই চীংখোঙ সাচামপাৎপু থোইনা হুনখৎখিরে । সেলোইসনা খুৎলামখাম চাখা নোংমিংনাপাতি নোংসিঙলোক। খানলৈ য়িথেমপাতি য়িথেমব্বাই লংমাই খমপা অথিংপা লীচিংলোক । খোয়নৌ লাংমৈ চোইকেনচীং কোনখাঙচনু ফানামপী সনা খোমহাললম । অঙৌপা পুরৈরোমপানা য়িমিঙ কারেন থংনা ব্বাতেমপা চীং । লুব্বাং লংমাইপানা য়িমাঙ কারেনথংনা ব্বাহমপাচীং। চীংঙু লংপা অপানপা নিংথৌ সনা তরেংপানা য়িমলেন কারেনয়ায়তা সমু খুৎতা থুমনা মতোম থৌথচীং । লংমাইচীংকা য়িসোকথেনপু থয়না হুনখৎখিরে । সেলোই লৌচিন ফুচিন অচনপা নোংখনচীংমতোন চীংঙু লাইকোননুংতা । হয়ু পনমনাউনা মুকমু লৈতোন কোন মানপী খুতপনানা । মেননাং তনপা সানমুং কোরৌ ফানা সানা ব্বাংপল পাউফারা কোরৌ লনসারাপাতা । খোইয়ম লাইয়িংথৌ সেলোই চীংমাপা নোংপোক মালং হুমব্বোইপানা লাইচা য়িথারকলাপাকী । কেকে চাউপাপুংপু লৈরকসিনসু মরিন থন খানলৈ লৌপাক মনমসিনা ব্বাহি মুনু ককচেং খোইয়া খাকতানা তাউথোকলে । অতুনোংকিপু কেকে লৌব্বাইলৌ তাউথোং লৌরেনপাব্বো তৌনা কৌএ । *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা )*

(২) ময়ুম মোইরাংনা ময়ুম লাইবু থৌনিদবনা কুমথি কুমকাংলে থাংই চিৎশাৎনরে লোইমোম পোমকংলে । মোইরাং লৈপাক পুম্নমানা কেকে ইনিংথৌ মোইরাং লৈপাক মপা চিংখু তেলহৈবা ইবুঙো নংবু করিগী খোমলেন তুমকনলিবনো । নপা লাই মোইরাং নপুলাইদি কুম্মৈ থেনবুং কাদরে চরৈ ফিনৌদরে লিল্লাং কোনকাদরে থাঙ্গসু ফমদোংদরে কারাংসু থেনকাদরে । নদাইরেম লৈপাক পুম্নামাবু মাঙলে । কেকে মচেৎ অমনা লাংবুম অরিববু থৌনিয়ে। মোইরাং মচেৎ অমনা খোইরিফাববু থৌনিয়ে। কেকে তংখাই অমনা সোরারেনবু হরাওয়ে। মোইরাং তংখাই অমনা পিগ্নাইবী খোংদ্রাইবীবু থৌনিরে । মোইরাং তংখাই অমনা নোংসাববু হরাওয়ে। কেকে ইনিংথৌ ঙাঙোই লৈমাবও নয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ সনা মখোঙখাদা কৌপা লাকথোঙকা থাংজিং ঈবু ঈনিসে । মোইরাং পুমনা তিন্না ময়ু লাই থাংজিং কোলতুম য়াইরংচানবু কুম্মৈ থেনবুং কারে । থাংজিংবু কোনচু য়া সংলে চরৈ ফিনৌরে লিল্লাং কোনকারে । থাঙ্গসুং ফমদোংলে কারাংসু থেনকারে । ময়ু লাইনা চানবগী কোরৌদি খোংদুম খোংলে ব্বাংবনদি লাউদুম লাউরে। ইঙাদি কুমখাইরে ইঙেনদি কুমদমলে কুম তরুক ঈরিরে ব্বাউ তরুক ঈথারে । নোংলেন লাবা মখোঙ ফুইনা চুরে উপী উরেন তাউরে হুপলা মপান ফুকলে হারা মউ তাউরে খোইরা মহুম চাইরে ককচেং হরাউ তাউরে । লাইজ ঈশিংনা চাউ মোইরাং পুমনা তাউরে হায়বগী তাউথোং লৈময়োন ও কৌয়ে। *(মোইরাং লম্মীংলোন)*

## তাউরোই পাৎলেনকোন লমলেন পুরুসি

কৌবা মদাইমদি মৈতেংঙু নাউথিংখো মঙাংঙম্বনা । মদাইরেম হাওয়াংবা য়াংবা কোইবা লীকলাং চোমফামন

মীখুনচাকই তেংবা চাকলিক খোইতামন্নে। উপোক চাকসৌমনবু খাম্বি মৈদা লৌনা মায়খঙ ঙম্ববু উপোক চাকশৌমনগীবু ব্রাওইখিএ । লাইজা ইরোন্নুং সোইরেন ফুমফৌনুংদা কাপ্তু লৈখৈলেংনা নোংমনহল্লে। মরুম্বী হাওনু আতে সাকোইবীনা লাইরেন ইবুংঙো তাও থংলেনবু লাইজ ঈরোন্নুংগী তাউথোক্লক্লে পাম্মুই পুরুসে হায়দনা লাইজা ঈরোন্নুংগী পুখৎলকএ । অদুনোংগীবু তাউরোই পাৎলেন কোনও লমলেন পুরুসিও থোন্নেএ।

*(লাজোল চীজোইরোল)*

*কৌব্রুগী লমদম অমবু মৈতৈ নিংথৌ নাউথিংখোং মঙাংঙম্বনা মনাই হাওয়াংবা য়াংবা কোইবু লীক্কী মমল ওইনা থম্ববু, উপোক চাকসৌ মমলবু মৈ থাদুনা খঙহনবদা শাওখিবদগী ঈশিং মনুংদা ফুমনা ননশিন্দুনা হাৎলে। মতু হাওনু আতে সাকোইবীনা নিংথৌদা হায়জখি । নিংথৌ ইবুঙো ইপুরোইবদি ঈশিং মনুংদগী তাউথোক্লক্লে পাম্মুই পুখৎলুসে হায়না ঈশিংদগী পুখৎলকই । নুমিৎ অদুদগী তাউরোই পাৎলেনকোন লমলেন পুরুসি থোনখি ।*

## তাউসুমাঙ

হৈরেম তাউসুমাঙ কৌপাতি । হৈরেমনা তেংথানা খুনচাননা অসৈনানা লাইচা য়িসিং চাউপাপুতি তমলেন চাউপাও কৌএ । য়িসিং তমলেন চাউ লাইচা য়িনা ঙমলকলাপাতা হৈরেম মচেৎমাপু তাউথোকলে তাউসুমাঙও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*হৈরেম তাউসুমাঙ কৌখিবদি হৈরেমগী শৈশক তেংথাবশিংনা ঈশিং চাউববু তমলেন চাউবা কৌই। ঈশিং তমলেননা য়াম্না চাউবা হেনগৎলক্লুনা হৈরেম মচেৎ অমবু তাউথোক্লে হায়বগী তাউসুমাঙ কৌখি।*

*হৈরেম খুনচান - মৈতৈগী খা মায়কৈদা খুৎলিংনা লৈরম্বা নিংথৌ পানবা কাঙলুপ অমনি। খুন্দাফম য়েংবদি মখোয়গী মাইবনা ফি চোন্না ইন্দুনা ব্রাই অশেংবা চাইথোক্লুনা শল ওক্কী মতুং ইন্দুনা খুদম চাংদম য়েংলগা অফবা মফমদা খুন্দারকই । ককচিংগী লমদা কোনয়াই থাবদি হৌ হৈরেম খুনচানবু লম্মহনও হায়না শোল্লি।*

## তাকনাখা তাকনালাই

(১) লমলেন তাকনাখা তাকনা লাইও কৌবদি কদৌনোংগীনো । ব্রাঙমলোন লিনবান য়োইনাউহন অহনবী মচী নাউহন অহনবা চনু ব্রাঙমলোন লাংহিংখোম শাফবী । মশাবী নোংয়ায় পুরান খুনৌশিববু হুল্লানবী মশাবী চীংয়াই ঙান্নুচা নিংথৌ শোরারোংদা তাংথবীনা । লমলেন মদাইমা অব্রাংখোইবা চীংঙাংলেন্দা পানবা হৈ । হৈরাঙ খমগোইবা তাউজীং লোঙজুম্ববু পোঞ্জেং লাইচম খন্না তাউজীং হৈচেন্নৈঙদা । ব্রাঙমলোন থোঙাইথোংনা শানৌ চীংয়াই ঙানুচা নিংথৌ শোরারোংও । লমলেন হাওরৈ খানা পাংবা অসিদি নয়ুম নোংয়ায় লৈতাঙ ইমোইকোনবু লানলোই পাউপিথেকপু করম মানবনো হায়না শমু খুৎপু থিন্না তাকলম্মে । অদুনোংগীবু লমলেন তাকনা লৈতাংখাও থোন্নেয়ে । লমলেন হাওরৈ অব্রাং লাইনা পাংবরম অসিদি ইপোইরৈ মৈতৈলম লমলেন কৌবরু কংলৈ ইচিকফৈবু করম মানবনো হায়না শমু খুৎনা থিন্না তাকলম্মে । অদুনোংগীবু তাকনা লাইও তৌনা কৌয়ে। *(চায়নরোন)*

(২) লমলেন তাকনাখা তাকনা লাইও কৌবদি কদৌনোংগীনো । ব্রাংঙমলোন খোংঙাইথোঙ মৈতেংঙু নাওহল অহলবা চনু । মশাবী পুরান খুনৌশিববু হুল্লানবী মশানৌ চিঙয়াই ঙালনুচা নিংথৌ সিয়ারোঙদা তাংথবী ।

মশানৌ চিঙয়াই ঙালনুচাগা অৱাং খোয়বা চিঙঙাংলেনগী তাঙঙা হৈপুলসি শায়ু মৈতাঙবা ফানা হৈবু তাঙঙা হৈপুলসিবু তাওজিং হৈচেন্নরকপদা । ৱায়শা মদাইমদা তমপা ৱাংঙমলোন্না পাওমেনখিয়ে। শানৌ চিঙয়াই ঙালনুচা নিংথৌ সিয়ারোঙও । হাওরৈ খানা পাংবরম অসিদি অয়িম নোংয়াই ইরমখৈ লৈতাঙ য়ুমোইকোল লাললোই পাওবিতেকপু করম মানবনো হায়না । হাওরৈ খানা পাংবরম শমু খুৎপুথিন্না তাকলময়ে তাকনাখাও থোন্নয়ে। অৱাং লাইনা পাংবরম অসিদি ইপাম পোইরৈ মৈতৈলম লমলেন কোংবারু কংলৈ চাপুঙফৈবু করম মানবনো হায়না শমু খুৎপুথিন্না তাকলময়ে। অদুনোংগীবু ৱাংঙমলোন খোংঙাইথোঙ তাকনালাই নোংয়াই ঙালনুচা তাকনাখাও তৌনা কৌয়ে। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*তাক্লাখা তাক্লা লাই থোনবগী মতাং মমিং মান্নদ্রবসু মীদি অমতনি। পুয়াশিং ইরম্বদা মমিং খেন্নবনচিংবা কয়া য়াওই ।*

*মচী - ময়াম্বা । নাউহন - মৈতৈ নিংথৌ উরাকোনথৌবগী (খৃ: ৫৬৮ - ৬৫৮) মচা অহন্নি নিংথৌ ওইখিদে। মশাবী - মৱা, মপুরোইবা । হুম্লানবী - হুন্দোকলম্মী। তাংথবী - লান্নবী । তাউজীং হৈচেন্নঙৈদা - হৈ হেকঙৈদা ।*

*তাকনাখা তাকনা লাই লমবু করিদগী কৌখিবনো । মৈতৈ নিংথৌ মচা নাউহননা পোকপা লাংহিংখোম শাফবীনা মপুরোইবা খুমননিংথৌ পুরান খুনৌশিবা থাদোকলমলগা মনাওনিপা খুমননিংথৌ শোরারোংদা ময়ুম পানখি। ময়ুম পাল্লবা মতুংদা খুমননিংথৌ শোরারোংগা অৱাং খোইবা চীংঙাংলেন্দা পানবা হৈ হেক্লুঙৈদা, মৈতৈ নিঙোল লাংহিংখোম শাফবী থোঙাইথোংনা হায়জখি । শানৌ চীংয়াই ঙানুচা নিংথৌ শোরারোংও খা পাংবা লম অসিদি খুমন নঙগী লৈতাঙ ইমোইকোন লাল্লোই পাউবীতেকপু করম মানবনো খুৎপু থিনদুনা তাক্লম্মী হায়বদগী তাকনা লৈতাংখা থোনখি । অৱাংপাংবা অসিদি ইপাম মৈতৈলম কৌক্রু ইচিকফৈবু করম মানবনো হায়না খুৎথিন্না তাক্লম্মী । নুমিৎ অদুদগী লম অদুবু তাকনা লাই কৌখি ।*

## তাকনা খোকলাংতাক

নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগা খুমন পুয়ামপা পুরামশুগা । কাওরেল লাইথেংনা মানবী চীয়েনা মরোং চুংফুনা খোকলাং তারান্না তিমেনতা চায়নখিয়ে । নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি ককলু লুমাই লেংনা শোয়রেন ফুমি তুরে । অদোন পুয়ামপা পুরামশুগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি খোয়মা খাঙতপ শমনা পাম্বী লাংবান তুরে। নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুবু পানগবরা পান্দখিয়ে। খুমপুয়ামপা পুরামশুবু য়ুগবরা য়ুদখিয়ে। শেল্লোয় মপাতাউ অনিমক্তি পাউহংনখিয়ে। পাথৌ নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুও তিমেন নখুৎশুদি করি খোক্লো। খোকলাং তাংমিৎসু কয়া শুবনো পাউহংববু । হোয়দা পাথৌও খোকলাং ইনুংচঙ অসিদি অৱাং নোংনেম চাখুনখোক চীংদাই অরোন শৌবোন লোইকোনখোক কংলা মৈচনখোকনে। পাখং হুয়েন লানপাম্বা লান্দাখোক ৱায়রা শাদা খোকনে । খোকলাং মমিৎসুঙ মাপন পাল্লে হায়না পাউখুমখিয়ে। তৌইগীদি পাথৌ পুয়ামপা পুরামশুও খোকলাং লম্বু নখুৎশুদি করি খোক্লো খোকলাং তাংমিৎসুঙ কয়া শুবনো পাউহংখিয়ে। হোয়দা পাথৌও খোকলাং ইনুংচঙ অসিদি থাংজীং কোয়রেনখোক খোকমরোই তাংচুমখোক কেগে খোকলাই নুরাবী মৈচেনখোকনে। খোকলাং তাংমিৎসু তরেৎ পাল্লে হায়না পাউতাকখিয়ে। অদুনোংগীবু তাকনা খোকলাংতাকও তৌনা কৌয়ে। ***(চায়নরোন)***

*খাঙতাপ - তংখায়, চবুক। মপাতাউ - মরুপ । খোক - থাং তাগী পানফম চৈখোক, ব্রা মখল অমা । তাংমিং - মতাংগী মমিং । পাথৌ - মরুপ । তোইগীদি - তৌবগীদি । লম্বু - অচৌবা তা, কৈচন কৈফাবদা শিজিন্নে । তাংচুমখোক - মতাং চুম্বা খোক। চায়না খোংফেম্না - তা নত্রগা তেল পায়দুনা মী অনী লাল তৌনবা । নোংনেম চাখুনখোক - অব্রাংদা লৈবা খুনগী তাখোক। কংলা মৈচনখোক - কংলাগী মৈনা চনবা খোক । চেন্নখোক - পুরকপা খোক, য়ানলকপা তাখোক।*

## তাকনা

কমপোং সাংখু সাংহলনাওনা লাংবল উয়ু শীংসংপোৎপু শীংবী তলখায় লৌবদা। থাঙঙা সলসেলবা কমপোং শলঙাকপনা খোইমোম লাইবু উরময়ে হায়না তাকঙময়ে তাকনা ও কৌয়ে। ***(লম্মীংলোন)***

*কম্বোং লমগী সাংখু সাংহলনাওনা লাংবল থাগী উয়ুংবু শীংজংনা তংখায় লৌদুনা খায়রিঙৈদা থাঙঙা কম্বোংগী শলশেল শলঙাকপানা লাই উরম্মী হায়না তাক্লম্মী অদুদগী তাকনা থোনখি ।*

## তাকনা লৈরোংঈ

কম্বোং সাংখু সাংহলনাওনা লাংবল উয়ুং শীংচনবা শীংপী তংখায় লৌবদা । থাঙঙা সলসেলবা কমবোং শলঙাকপনা পাওমেনখিএ । লাইজ ঈপাকথক্তা চাপ্লৌ য়োইথম্বাল থম্বাল শীংলেন লৈরোং অনি খাইববু উরমএ হায়না তাক্লমএ । অদুনোংগীবু তাক্লা লৈরোং ঈ ও তৌনা কৌএ । ***(লুব্রাংলোন খোঙকুল)***

*কম্বোং সাংখু সাংহলনাওনা লাংবল থাগী উয়ুং তংখায় খায়দুনা শীং চনবদা থাঙঙা কম্বোংগী সলসেল সলঙাকপনা হায়খি । ঈশিং ঈপাক থমনা থম্বাললক্তা লৈখোক অমত্তদা লৈরাং থম্বাল অনীলোঙনা শাংপবু উরম্মী হায়না তাক্লম্মী। নুমিৎ অদুদগী তাক্লা লৈরোংঈ কৌনখি ।*

## তাকনমথি

লমলেন তাকনমথিও কৌপাতি । লাইব্রা লৈমা থানপীপু নিংথৌ য়েনলাংপানা মরান লুহোং খোংতোংলকপাতা। খোইয়ম মমান মচা চৈরৈ ফিকোননুংকী অচানপাকী মার মখোঙখুনপু । ইথাই পুনেমচীংপু তাননা খনপী খোইমোম তোনথাংনুনা য়িনফুই মায়রং সোনঙমপাতা পাউহংপাপু । লাইব্রা লৈমা লাইসন থানপীকী মার মখোঙখুনপু তাকঙমএ । খোইয়ম মমান মচাকী মার মখোঙখুনপু নমনা নমনা থিরকএ । লমলেন তাকনমথিও তৌনা কৌএ। ***( তোরৈরোল লম্বুবা)***

## তাকমু

হুইবিতাক থোনবদা য়েংবীয়ু ।

## তাকলেন

লমলেন ফেনতাকলেন তাকলেন ঈব্রাংখা তাকলেন নোংথিলব্রায় ব্রাংথোনবী শাকৎলমও কৌবদি কদৌনোংগীনো । লুব্রাং খাপুঙ য়ুমোইচাম্বা কোকলেন লূহুপথৌবা খাপুঙ চেনসিন য়াংবনা । শাসও মরিল ফাৎনা কোকলেন লূহুরকপদা । কোংয়াং ব্রাচীনচাও লোক্লৌ সৌরাইকাং অকংবনা পনঙমএ । খুয়া য়ৌরুম

মেন্না নোংমল্লে। নুংবান মপাচা লুব্রাং ময়েল্লুনা থিবসুং থিখঙদখিএ । লোইবী চীং কাক্লেন কাক্লেন সুকামুনা কোরৌ নোংলোন পাইনা থাংচি মিতমশেংনা শারেল হিংচোং সায়না কোরৌ নোংথিল পোবোপ্পু ব্রাংনা পাইনা তাকলমএ । ব্রাংথোনবী শাকংলম লমলেন ফেনতাকলেন তাকলেন ঈব্রাংখা তাকলেন নোংথিন ঈ ও থোন্নেএ । অদুসুং মদোমদে ।

তাকলেন থোনমরক্তি। কেগে উরা লোকনুসুনা পাউমেনখিএ । মৈতেংঙু চাখা খোংজোম্নাও তাকলেন লম মখাদি লাইজ ঈগা থেমও । তাকলেন লমথক্তি লম্বাল ফৌরুকমা হৈথৌও । থুম্নাও খুংপুন্দবা য়েন্নাও মশা তেকতবু য়াকারকঙেনে। লেপ্লে মমিৎ চুপতবা ব্রানচেং সৌরাই কন্দববু চাপ্লৌ লুকপানথক্তা ব্রাইথুংলঙেনে হায়না তাকলময়ে । অদুনোংগীবু তাকলেনও থোন্নেএ ।*(লুব্রাংলোন খোংকুন)*

*লুহুরকপদা - কোক হুরকপদা । কোংয়াং ... পনঙমএ - মচী তুম্বা ব্রা অকংবনা থিল্লম্মী । খুয়া য়ৌকম মেন্না নোংমল্লে - খুয়াদা থিন্দুনা শিরে । থাংচি মিতমশেংনা - শদুম শেংতুনা । শারেল হিংচোংসায়না - শদুম হিংনা চানা । কোরৌ নোংথিল পোবোপ্পু - নুংথিল মক্তদা, নুমিংকী মৈশা কল্লিঙৈ মতমদা। লাইজ ঈ গা থেমও - ঈশিংদা খুরুমও । লম্বাল ফৌরুকমা হৈথৌও - লমগী মমল ওইনা ফৌ লুক অমা হৈথৌ । চাপ্লৌ লুকপানথক্তা - চাকলুক মথক্তা ।*

## তাকয়েন

মৈদিংঙু উরাকোম্বৌবগী মচানিপা হোংনেময়োই খুঞ্জাওনা খৃ: ৬৬৩ দা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরবদা উক্রোংহোংনবা মোইরাংদগী ইরোই তাইপোম্বী লৌরুদুনা পামেল উচিংবদা লমখাংদা লোইদাম থাশিংশুরবী মপুক কংবী নুপী অমা থেংনরম্মী। মৈদিংঙু হোংনেময়োই খুঞ্জাওনা লুব্রাংগুরু পুনশিবগী মশাইকোল কদাইনো হংবদা নুপী অদুনা মাবু অমুক্তা মখোংনা কানবীয়ু তাকচাগে হায়রম্মী । হোংনেময়োই খুঞ্জাওনা পুককংবী নুপীগী মবুক অদু মখোংনা কানথোকপদা মচা ফাইবোক অনি পোকলে। মদুদা নুপী অদুনা হরাউনা লাইরেন মৈদিংঙু " লুব্রাং গুরু পুনশিবগী মশাইকোনদি অসিদনি " হায়না খুদোম্বীনা থিন্দুনা তাকপা মতুং ইন্না হোংনেময়োয় খুঞ্জাওনা য়েংখি হায়দুনা তাক য়েং হায়বদগী মফম অদু তাকয়েন কৌনখি । মচা পোকপা ঙমদ্রবী পুককংবী নুপীদু হোংনেময়োয় খুঞ্জাওনা মফম অদুদা কানবদগী মচা পোকখি হায়দুনা নুপী অদুগী মমিংসু তাকয়েন পুককানবী কৌনখি । মচা ফাইবোক পোকখিবা মফম অদুবুনা হৌজিক নাওরেম ফাইবোকথোং কৌনখি। ***(লম্মীংলোন)***

## তাকেম পুমমাঙ

হিথেল চংলৈমাতি নোংয়াই থোংথিনপমনা হোঙনেমঙৈ । হৈরেম কাচেং নাইফাচা হোইথিপা হৈরেম চকলৈ ফানতোনকিনা ঙাইনোকনাখিএ । নোংয়াই থোংথিনপমও নয়িম হোঙতি করি হোঙনো খারী লয়খোঙচুতি চামলৌ লাফম ফাতে। সারেন সানা থুংলবসুং চামলৌ লায়েনপানা থুংয়িকিতি ব্রাংলৈ য়ুসিনপানা থুংলাতে । সারু কামপাহোঙ য়েনপুম চৌরা হোঙনে হায়না ঙাইনোকনাখিএ । নোংয়াই খাথাহৌ খুমন লাইথাতিননা তাননরকএ । হৈরেম কাচেং নাইফা চাকহাই থিপাতি তাকেম তাব্রায়হৌথোকলে। তাকেম পুমমাঙও কৌএ ।

***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*হিদেল অতোঙবা মফম অমদা খুমন থোংথিনপম কৌবনা চাক খাওদুনা হরাওবদা হৈরেম লমগী কাচেং নাইফাচা চকলৈ ফানতোননা করেম্লনা খুমন থোংথিনপম নংগী চাকখাঙ কুম্মৈসিদি করি কুম্মৈনো । য়ু য়াম্মা থিংলবসু লা থাবদি য়ামদে। চাকলুক লা থাদুনা শা য়েনবা থুংলবসু য়ুগী শিল লাংলিবা মীনা য়ু পুরক্কে। নংগী অহোঙ কুম্মৈদি শরু য়েনবুমনচিংবা পিজবগী কুম্মৈ ওইরে হায়না নোক্লখি । হৈরেম কাচেং নাইফাচাগী নোক্লবদু তাবদা খা-রাংগী খুমন মীয়াম হৌদুনা তান্নরকই। হৈরেম কাচেং নাইফা থিবনা মাগী তা লংখিববু অরেম্বদা মাঙলে হায়বদগী তাকেম পুমমাঙ কৌখি ।*

## তাখোয়পুঙ

মৈদিংঙু কৌবা ঈরোং লাম্থবনা তিমেন মখুৎশুবু খোয়রে তাখোয়পুঙ ও  কৌএ। খোকখৈ নম্বু মখুৎশুবু চুন্নমএ। অদুনোংগীবু তাচুমও থোন্নৈএ । ***(লুরাংলোন খোংকুল)***

## তাখোমপুং

মৈদিংঙু পাখংবনা পানবা মতমদা পুরৈরোম্বনা কোংলৌতোন লৌথিবা তানাদুনা পাখংববু মাঙহন্নবা হোৎনরে। কোংলৌতোন লৌথিবনা শগোল শামদোন অয়াংবা তোংদুনা পাখংবগা লান তৌনখি। পাখংবনা লীরী তেঙ্গাথোংনা থামোই লীরিতিংনা তেনকাপলবদা তেন্না থারবা কোংলৌতোন লৌথিবা য়েরুম অমাবগুম্মে হায়বদি মমিং মারজিং কৌখিয়ে । মারজিংনা তুরবদা শামদোন অয়াঙবনা মারজিং পুদুনা চেনখরে । পুরৈরোম্বগী তেঙ্গোন কায়দুনা চেল্লে । থাং তানচিংবা খুৎশু খুৎলাই পুম্নমক মুল্লে মফম অদু তাখোমপুং কৌয়ে । মফমদি কংলাগী মখা থংবদনি । ***(মোইরাং থাংজিংগী চীংগোই)***

## তাঙচা লুহুনপুং

লয়রায় মুংপীমাতি ৱাঙমলোন তাঙচা লুহুনপুংও কৌপাতি কতৌনোংকিনো । অসাইঙৈকী মৈতেংঙু লোইনাই থৱানথাপানা হৈরেম থুমপী মৈমাঙচননা পনথেংঙৈ। লাইরেন মরান ওনতেরকঙৈতা মমোম তমফা ৱাংঙমলোন চিংখৈ থানপীনা । লাইরেন ইপা মৈতেংঙু অয়াংপা সরী চোংপাও । লাইরেল অৱা সোনখৈ নীক সনা লাঙচৈ চোকলরিঙৈনে। ননোংয়াই সেনলৈপাকনে তনলমলাউ ও অতোন পাইরৈপাকনে কারমলাউ ও । তাঙচা মরৈতোননাতি কৌসননৈএ । সমু মখুৎ তোননাতি চৈরৈ ফিকুনুংতা লোননা হাইথোকপাপু। মতাইরেম তোংচেং নাউমৈকী তারিয়া য়েলাংপানা পোনপী ৱায়রং চেকপু মসুং ওইপা মিৎয়েং নানি লোঙপানা তোংচেং খনমুকনা থোকলে । লাইরেল মৈতেংঙুনা য়িমোম তমফা ৱাংঙমলোনও। লাইরেল নপা মৈতেংঙু ঐতি ইরান ৱাইওং থেংলাকানে। হৈরেম খোঙঙা খোঙতেকচা চয়সু পানমা তোপপা । য়িমলক লানতানথৌপা হুয়েন লানকা লেমপাকী তাঙচা লুরেনতোন অসিপু । হয়েং নোংয়াই মপুংয়াইতা নপারী সাৎনারা নমোম ফুয়নারাপাতা নাউথেমনৌও হায়না হুয়েল লালুমাপু হুনখৎলমএ । অতুনোংকিপু তাঙচা লুহুনপুংও তৌনা কৌএ।

***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*তুরেল মপান অমদি ৱাঙমলোন তাঙচা লুহুনপুং কৌবদি করিদগীনো। মৈতৈ নিংথৌ থৱান থাবনা হৈরেম খুঞ্জান লাম্দাকরগা হম্লকপদা মচা ইবেম্মা চীংখৈ থানবীনা হায়রকই "ইপা মৈতৈ নিংথৌ অয়াংপা সরীচোংবা রাবনা হকচাং চোকথররিগনি নশেন নবাই থোকপা খুমন লমদা কারকখো " মচীন্নদি কৌশিন্নরগা ফিনুংদগীদি*

*মখুৎনা খৎতোক্লকই। মনাই হিনাউ পানবা তারিয়া য়েলাংবা পায়মা লৌশিং চাউবনা থৌওং অদু উবদা হিমায় লৈখোক্লে। মৈতৈ নিংথৌনা হায়রকই " ইবেম্মা তম্ফা নপা ঐদি য়ুমদা হনবা থেঙলগনি হৈরেম খোঙঙা খোঙতেকচা লান্দথৌবগী কোক অসিদুম নচা নিপা পোক্লবদা থেমনৌও " হায়দুনা লালগী কোকপু হনগৎলম্মী। নুমিং অদুদগী তাঙচা লুহুনপুং কৌখি।*

*থুমগী মৈমাঙচন্না পনথেংঙৈ - মৈথাদুনা লাল তৌঙৈ। মরান ওনতেরকঙৈতা - ময়ুমদা হল্লকঙৈদা। অব্রা... চোকলরিঙৈনে - ব্রাবনা হকচাং চোকথররিগনি। ননোংয়াই - নংগী খুমন। সেনলৈপাকনে - ইশেনগী লৈপাকনে। পাইরৈপাকনে - ইবাইগী লৈপাকনে। কারমলাউ ও - কারকখো ও। তাঙচা মরৈতোননাতি - মচীন্নদি। চৈরে ফিকুনুংতা - ফিনুংদা। লোননা হাইথোকপাপু - লোন্না খৎতোকপবু। পোনপী- উচেক। ব্রাইরং চেকপু মসুংওইপা - শারাক কনবা উচেক্লম্বা। মিংয়েংনানিলোঙপানা - মিংয়েং খঙনা, তুং মাঙ য়েংবা হৈবনা। তোংচেং খনমুকনা থোকলে - হিমায় লৈখোক্লে। ইরান ব্রাইওং থেংলাকানে - য়ুমদা হনবা থেঙলগনি। পানমা তোপ্পা - নাম্মা ওইবা। য়িমলক - য়ুমলক। লানকা লেমপাকী - লান্দা লেম্বগী। তাঙচা - কোক। নপারী ... নমোম ফুয়নারাপাতা - নচা নিপা নুপী পোক্লরবদা। নাউথেমনৌও - অঙাং থেমনৌও।*

## তাতাপুং (থাংচামপাৎ, কবোপুং)

লমলেন মতাইমা লমলেন ফেনচিকোপ য়িকোপ লাইপনসোয়তা। সেনপি তোললোং মনিন নাইপানা চানা তেংকোল লিংলারাপাতা। নোংয়াই খুমন নিংথৌ অতোন পুনসিপানা মৈতিংঙু খুমোমপা কেকে মোইরাং নিংথৌ সোঙলেন লানথাপাপু লাননেকউতুনা। খোয়মা মায়ব্রোনতানা সেনপী খমথেংনানা হুয়েন লান সোকনারাপাকী। তাইপোংমনিন নাইপাতি খোয়মা মায়য়োক য়াঙমতনা লানফম মমায় ব্রোনলে। নিংথৌ অহুমমানা থাংতিন তুকুম হুয়েন লানসোক কায়না লানথেংথাপাতি তাইপোং লানকা মাঙলে। সেনপী সতু লেংলোইতোনপু সিঙপী থরোন পৈকুমলে। সেনপী তাঙচা লুরেনতোন হেমচেং মৈরা মুংলাপাপু লালু পোলেম হানঙমতারে। তাইপোং লানকা নীক সেনপী সিফা নীকনা তাইনা খাইথোকনা হাওমন ই-না পামফৌপাকুম হুয়েন লানয়াম সিরে।হুয়েন লাননিকিতি সেনপী তাইপোং লানচিংপা লাংকোই সামু তোংপা চোয়নৌ সনা কোনমিংনাপা কপো লৈখাম কৌপাগা। সেনপী কপো তাংঙমপা মিংনাইপা কপো অপুতাউপা পুমিংনাপা চাংগ্রং চাংনিঙসিপা পোনগ্রাং লায়রাপা সনা চিনপালথোংনা সাইপা লুপা চিনপালথোংনা লিথোংপাপু কায়না হুললে। লাংকোই মখুনেৎ সামু মোরামপাসু লোকলকএ। লাংকোই সায়াঙথকক্কী তিমেন মখুৎসুসুং তারৌয়ে। অতুনোংকীপু তাতাপুংব্রো তৌনা কৌএ। সেনপী পোনখাং লায়রাপাসুং ফানাসোয় লমলেন লায়রাপুংনে। খোংলেন মতাইমাতি থাঙলেন য়ীঙাং তয়পাপু লাইচা য়িতা চামএ। অতুনোংকিপু লমলেন থাংচামপাৎব্রো তৌনা কৌএ। সেনপী তাঙচা মরুতোন লানফা মিরেন থীঙমতাপাপু লময়াই পুংমা থোললমএ। অতুনোংকিপু সেনপী কপো পুংব্রো তৌনা কৌএ। ***(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*ইকোপ লাইপনশোয়দা কবোগী তেঙ্গোল লিংলরবদা, খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা মৈতেংঙু খুমোম্বা মোইরাং নিংথৌ সোঙলেন লানথাববু লাল নেকউরগা মায় ওন্দনা থেংনবা অকনবা লালফমদা কবো তাইপোংদি মমায় ওন্দুনা চেল্লে। নিংথৌ অহুমমক্না লংলা তাশিনবগুম পুনশিন্দুনা লালশোক্লবদা কবো মীয়ামগী অশিবনা শীংপৈবগুম পৈরে। কবো অশিবগী কোক ময়াম পোলাংদা হাপ্পা ঙমদরে। কিদুনা চেল্লবা কবো মীয়ামগী*

*অশিবা হকচাংনা ই পামফৌবগুম ফৌরে । লালফমসিদা কবোগী মমিংনাইরবা শামুতোংবা লৈখাম কৌবা, অপুতাউবা চাংশ্রং চাংনিঙসিবা পোনত্রাং লায়রবা সনা লুপাদা চাবা থকপবু ফারে । মখোয়গী তোংনবা শামু মোরামপা কৌবসু মুনহৌরে । শামুথক্তগী খুৎপায় তাসু তাহৌই হায়বগী তাতাপুংও কৌখি।*

## তানবল

নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগা খুমন পুয়াং পুরমশুগা মরোং চুংফুনবদি । নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি ককলু লুমাইলেংনা শোয়রেন ফৃমিতুরে। খুমন পুয়াং পুরমশুগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগী লাবা থনুংথিৎনা উনবী চফম লেংলে। নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগী মণ্ডক তন্না ককলে তানবনও কৌয়ে। *(চায়নরোল)*

*নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগা খুমন পুয়াং পুরমশু অনীনা চুংতা পায়দুনা লাল শোক্লে । নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগী তা লংবদা খুমন পুয়াং পুরমশুদদি পান্দনা নাপী ফুমথক্তা থিল্লি । পুয়াং পুরমশুগী তানা লংবদদি নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগী মবুক্তা তানা থুম্না চণ্ডলে । খুমন পুয়াং পুরমশুনা লাইতোং পুরাংশুগী মণ্ডক তন্না কক্লে হায়বদগী তানবল কৌখি।*

## তাপংচিঙমাতোল

খোংজোমনুপী খোয়নৌ নুংপাল চনু য়োয়রুমলোন মাতা তরুকমানা । হে খোয়নৌ য়ীতা শিংও ঐখোয়না কোরৌ নোংকারকপা অসিবু। কোরৌ মথোঙচিলপু থিখংতা ব্রাঙপল মারাকচিলপু কাতাইরমতা লৈরিকাপানো হায়না কোরৌ নোংনাংপাল্লমতাপু পাংনা য়েংনা য়েংনা কপলময়ে হায়পাকি । লোইপী হাওতাপং তাপং চিঙমাতোল ও তৌনা কৌয়ে। *(খোংজোমনুপী নোংকারোল)*

*খোংজোমনুপী লুব্রাংচনু মতা তরুকমক্লা নোংদোন কারকপদা হে চান্নরবী ইতাশিং ঐখোয়না নোংদোন কারকপবু নোংদোনগী থোঙসু থিবা খণ্ডরে। নোংদোনগী লমখৈবু কদোমদা লৈরিবনো হায়না নোংদোন পাংনা য়েংনা কপলময়ে। মরম অদুদগী লোইবী হাওতাপং তাপংচীংমতোল কৌখি ।*

## তাপা খোং

তাপা সোয় কৌবদি লিক্লাবিচানা মচানিপা অনি পোকয়ে। অনিমনা লৌ উজৈয়ে ময়াম্মগীদি ফৌ শাৎয়ে। মনাওগীদি খোম পালয়ে খোম য়ৈখায়রবদা ফৌচাংকোৎ অমা থোকয়ে। লৌচি মরিমদা খোম য়ালনা হোঙলময়ে। মচা মালদোমনা খোম হোঙথৈদা সোরারেলনা তারকতুনা য়েংলে । অদুগীবু তাপাখোং কৌয়ে।

***(লম্মীংলোন চেথুপ)***

*তাপা সোয় কৌখিবদি লিক্লাবিচানা মচানিপা অনী পোকই। মচানিপা অনীমক লৌ উজ্জৈ । ময়াম্মগী লৌফমদি ফৌপান্দুনা লোকই , মনাওনিপাগীদি খোমক্রম ওইনা পাল্লে। খোমক্রম অদু থুগাইরুবদগী ফৌপোং হুম্ফু থোকই । মনাওদু হরাও নুংঙাইজদুনা লৌগী মচি মরিমক্তা খোমক্রম য়ান্দুনা মীয়াম চাক খাঙলগা কুম্মৈ পাঙথোকই । মচা মালদোমনা খোমক্রম হোঙবদু তাবদা মপা সোরারেলসু কুম্মৈ য়েংলৈ । মরম অদুদগী তাপাখোং কৌখি ।*

*অঙোমগী চিন্নাংলক্পী পুরেরোম্বনা লুরাং নিংথৌগী মচানুপী লিক্লাপিচা নোংদমনু লৌদুনা মচানিপা খোইদোম মান্দোম পোকই ।*

## তাপাসি

তোরয় নমসাংমাতি । অতোন লোইয়ম তাপা হাইপানা ব্রাকয়ে খোঙওইনানা । মথিংকোক হিনাউসা মসোয়রু হীরুতোং তিনথোক য়াংতৌলেং খোইয়া চিনতাই লেংনা খোইসোনপাতা । লোইপী মরেম সমপুম তেলহৈপানা লীরি থমোয়তিং লকা তেনমৈ লাকনা পায়মা থনুংথীৎনা চয়পীরে । লোইয়ম তাপা হাইপাতি লাইচা য়িতা তানা সিরে। লমলেন তাপাসিও থোননৈএ । ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*তোরৈ লমশাং অমদি । খুমনগী লোইয়ম তাপা হাইবা কৌবনা হিতোংদুনা খোই চোপলম্মী । তিন লেংল লেংল খোই থারম্লগা অমুক খোই কাইরম্মী। মতম অদুদা মরেমচীংগী সমপুম তেলহৈবনা কাপ্পা তেন্না মবুক্তা থুম্না পান্দুনা লোইয়ম তাপা হাইপা ঈশিংদা তাদুনা শিরে । মরম অদুদগী মফম অদুবু তাপাশি থোনখি ।*

## তাপা কয়নিঙ

মোংপা তুথুপমাতি। চীংনোংখৌ সরারেন অৱাংপাখং য়োইরেনবগী তিমেন মখুৎসুপু মালেম লয়দা তারকএ। অদুনোংগীবু তাপা কয়নিঙ ও কৌএ । ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*তুরেলগী থেকচিনবা অমদি । লাইনিংথৌ সরারেনগী খুত্তপায়বা তাবু লৈমায়দা তারকই হায়বগী তাপা কৈনীং কৌখি।*

## তাপ্রঙ

তাপ্রঙও কৌপাতি কতৌনোংকীনো । বৎয়াং লীকলাং মনুংচঙপু খামরল মনিংথৌদ কৎলুইয়ে। মায়িম খামরল তেংথাননা বৎতি বিৎয়াংও কৌপাপু । পোইরৈ তাফাথিপানা তাপ্রঙও কৌয়ে । ***(মৈতৈ নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*মৈতৈ নিংথৌ গরিবনিৱাজনা নোংপোক মায়কৈদা ইংখি নমখম মনসী লাম্বোক্লগা কবোগী তাপ্রঙ লমদা লান্দাখি । তাপ্রঙ করিদগী কৌখিবনো । ঙক্তা শিনবা লীক অতাঙবা বৎয়াংবু খামরল (কবো) মনিংথৌদা কৎলুই। খামরলগী মীনা বৎয়াংবু বিৎয়াং কৌই, মৈতৈ শৈথাবশিংনা তাপ্রঙ কৌখি ।*

## তামংপুঙ

লৈমা য়াংতৌ আতাউপীনা পাওমেল্লকয়ে। হে খোয়নৌ য়ীতাশিংও য়ীখোয়না কোরৌ নোংকারকপা অসিপু মোমনু তামং য়ীখুৎশুপুতি থৌকাউরমলে। হায়েং কোরৌ নোংলৈপাক্তা য়িনু করিনা শিললঙনা য়ীমৌ করিনা শিলতাক্লারুশিপানো হায়নাতি শোলমোইনারময়ে। অতুনোংকিপু তামংপুঙ ও তৌনা কৌয়ে।

***(খোংজোমনুপী নোংকারোল)***

*খোংজোমনুবী মতা লৈমা য়াংতৌ অতাউবীনা হায়রকই - হে চান্নরবী ইতাশিংও ঐখোয়না নোংদোন কারকপা অসিবু নুপী ওইবী ঐখোয়গী লং হন্নবা তমং ইখুৎশুবু কাউরমলে । হয়েং নোংদোন য়ৌরগা ইচা ইমৌ করিনা শিনতাক্লরুগনি হায়না শোল্লম্মী অদুগী নুমিত্তগী তামংপুঙ কৌখি।*

## তারাও

(১) লোইবী হাওতারাও তারাও লৌচীংফৈ ও কৌবদি । নায়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না হেম্বা নাদববু খুনথিরকপদা । চকপা অঙাং কিশিরাই য়াওসু খুলতোল লাই কোরি কাচললাই শেলচাও পালপোক লাইবু লাইকারকলে। লুব্রাই নামপচোক কোকপালতোং খোমপালতোং হৈকোই নোংথমচল খুয়া থমলোন শুনা চুপা ঙৈচা য়েকলবগীদমক। চকমোম খাম্বী মৈবু নমঙানা থৌদু খুনেৎননা মাখুকলুকা মাখাতাঙকাপানা তরাও তরাও খাঙলময়ে। অদুনোংগীবু হাও তারাও তারাও লৌচীংফৈও তৌনা কৌএ । ***(পোইরৈতোন খুম্ভোক)***

*ব্রারীদি অমত্তা ওইবা, পুয়াশিংগী তোঙান তোঙানবা খুৎইশিংদা ব্রাহৈ ব্রাতা মান্নদবা য়াওবগা লোয়ননা কোইনা অমসুং শমজিন্না তেংথাবসু থেংনৈ । তারাওগী মতাংদা ইবা পোইরৈতোন খুম্ভোক অতোপ্পা অমদা য়েংসি।*

(২) লোইবী হাও তারাও তারাও লৌচীংফৈও কৌবদি । নায়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না হেম্বা নাদববু খুনথিরকপদা । চকপা অঙাং কিশিলাই কোরি  কাচল লাই য়াওসু খুলতোল লাই সেনচাওপালপোক লাইবু লাইকারকলে। লাব্রাই নামপাচোক কোকপাল থোংপুকা খোমপাল থোংপু ঈতাললাপাকী। হৈকোই নোংথমচল চুপা ঙৈচা য়েক্লবগীদমক । চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চকমোম খাম্বী মৈবু য়াই মখুকলুদা মখাতাঙনা নমঙাননা তারাও তারাও খাঙলময়ে। অদুনোংগীবু  লোইবী হাও তারাও তারাও লৌচীংফৈও তৌনা কৌয়ে।

***(পোইরৈতোন খুম্ভোক)***

*লাইকারকলে - লাইহৌ হৌরক্লে । লুব্রাই নামপাচোক - লাব্রাই চোকথবা, কোক নুঙাইতবা । কোকপালতোং - কোক চিকপা নাবা । খোমপাল তোংকা - থবাক নাবা । হৈকোই নোংথমচল - নিংথম চনবা । খুয়া থমলোনশুনা - খোঙ ইংদুনা । চুপা ঙৈচা য়েক্লবগীদমক - চুবা নারবগীদমক । চকমোম খাম্বী মৈবু নমঙানা - নমগননা মৈ য়াইবা, খ্বাং য়াইবা । থৌদু খুনেৎনা - নুংদা নেত্তুনা । মাখুকলুকা - মাগী খুকউগা । মাখাতাঙকা পানা - মাগী খদাঙগা পাননা, খুকউ খদাঙ থেংজিন ঙাশিন্নবা ।*

*চিং অমবু তরাও লৌচিংফৈ কৌবদি । নবুথৌ চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংগী লমদা শিদ নাদবা খুনফম থিরকপদা, চকপাগী অঙাংদা শিগনবা লাইনা নারক্তুনা কোক চিক্তুনা নীংথম চন্দুনা লাইহৌ হৌবদগী মৈ য়াইদুনা খুকউগা খদাংগা ঙাশিন্নদুনা তারাও তারাও  খাঙলম্মী। নুমিৎ অদুদগী মফম অদুবু তারাও লৌচীংফৈ কৌখি ।*

## তাংখম

থাঙব্রায় মদাইমদি তাংখমও কৌবদি । খোইয়ম লাইরেম্মগী লাংলেন কোঙয়াঙ মাচৈশু অকংববু মাললেম লৈদা য়ুংলম্ববু। কোঙয়াঙ সোইরেন হুলনা লাংলেন ব্রাপান ফারে । অদুনোংগীবু তাংখম লীব্রাপোকও তৌনা কৌয়ে। ***(থাঙব্রায়রোন)***

*অব্রাংগী  লমদম অমবু তাংখম কৌখিবদি । লাইরেম্বীনা পায়বা ব্রাগী চৈশু অকংবা লৈবাক্তা য়ুংলম্বদা ব্রানৌ উশোয় হুন্দুনা ব্রাগী ব্রাপন ফারে। মরম অদুগীবু তাংখম লীব্রাপোক কৌখি ।*

## তাংচাপুং

নয়োল কেগে মোইরাংলৈমা চাপরোন খুনুং লৈমা লৈফোললাংবী । নিংথৌ হৌব্রা লাইরেল চামপা অহোঙপাকী থয়াঙ মথৌমনপু । ব্রায়রা সাসিঙথী সারেন অপুমপাপু য়াওরৌ অসিপাপু সারেন সাকোকথীনা। কেকে লমলেন মতাইমা খুয়োল য়াংলৌ লমমাহনতা খারি লয়খোঙচু চামলৌ লাফম থানা হোঙনেমএ । অতুনোংকিপু লোইয়ম চাপা অহোঙপাব্রো তৌনা কৌএ। লুব্রাং লোইনাই য়াওসা তানপানা লাপা খুমনপু য়াংতৌ সারম লীরকপাতা। লোইয়ম চাপা অহোঙপানা ব্রাংলৈ য়ুকৌরমএ । কেকেনা তেংথানা মোইরাং মীকৌনাপাতি হয়রাঙ অপিসাপু অতোইপাব্রো কৌএ । লুব্রাং লোইনাই য়াওসা তানপানা তাউচিং হয়ত্রোই কমনা ব্রায়না ব্রাংলৈ য়ুপিংনাপাপু হাওতৈ অয়াকপাপু থোইনা থকমননৈএ । লুব্রাং লোইনাই য়াওসা তানপাতি য়াংলৈ তংমননারাপাকী তিমেন চায়সৌনা খোকলাং মখুৎসুপু ঙানা চৎখিএ । খোকঙা তাংচা পুংব্রো তৌনা কৌএ ।

*(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*নবেঙ্কৌ মোইরাং লৈমগী মমিংদি চাপরোল খুনুংলৈমা লৈফোললাংবী কোই। নিংথৌ হৌব্রা লাইরেনচামবা অহোঙবগী মতিক মথৌনাদি শায়াম ফাদুনা পৈরগা শাশিঙথীনা মোইরাংগী মতাইথংবা খুয়োনগী অরীবা লমদা মরাং কায়না পিজ পিথকই । অহোঙ অচাউ কুশ্মৈদা মীয়াম্না পেনবদগী মহাক্কী মমিং লোইয়মচাবা অহোঙবা মিঙৌনখি । লুব্রাংগী লোইনাই য়াওসা তানপানা শাগী খোঙ্গুন লীরকপদা লোইয়ম চাবা অহোঙবনা চামিন থকমিন্নবা কৌরম্মী। মোইরাংগী মীনা হায়না কৌনবদি হৈ অপিকপবু অতোইবা কৌই । লুব্রাং লোইনাই য়াওসা তানবদি ময়াই কানবা হৈত্রোই চাদুনা য়ু থকই । লুব্রাং লোইনাই য়াওশা তানবদি য়ু হেঞ্জিন্না থকপদগী তাখোক পায়রগা ঙানা ঙানা চৎখি অদুগী তাংচাপুং কৌখি ।*

## তাংচেং

মোংপা তোরয়মাতি।লোইবী হাউ তানচেং তানচেং পাখংপা ময়িমফমনে। তানচেং মহীথেননে । অতুসুংমতোমতে । তানচেং থোনমরকতি খুনচান নিংথৌ কাংলেন লৌথিপানা য়াওরৌ সানাপাতা । তিমেন মখুৎসুপু লাইচা য়িরেন পুংতা মাঙলমএ । হয়েং লোইতাম থাপুসি লাংহৈ কুমওললাপাকা । লয়কু মকোয় ফোঙলপাতা হৈরেম কাংলেনথৌ তিমেন মখুৎসুপু লাইচা য়িরোননুংতা তিমেন মখ্বাং চেংনা লৈঙমএ। অতুনোংকিপু তাংচেংও থোননৈএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*তানচেং পাখংবগী য়ুমফম হিদেন ওইরম্বগী তানজেং কৌই । অসি নত্তবা তানচেংবু অমুকহন্না থোনবদি খুঞ্জান নিংথৌ কাংলেন লৌথিবনা শাদানবদা মাগী তা ঈশিংদা মাঙখিরম্মী। ওল্লকপা চহিদা ঈশিং কংথরক্লনা লৈকু লৈরাই উরক্লবদা কাংলেন লৌথিবগী তাদি ঈশিং মনুংদা মখ্বাংচেংনা লৈরম্মী হায়বদগী তাংচেং থোনখি ।*

## তিঙনা ঈশোকথেল

মৈতেংঙু চনু তমফা ব্রাংঙমলোননা কোরৌ নুমিৎমাতি শেললোয় কোরৌ চিঙব্রাংথকতা লংমাই সনা থোঙলেল ঙাল । তিঙনা য়ৌরমখোংতা সনা পুললাং লুরোয়থোংনা লাইচা ঈপান লাংকে হায়না । চিঙলেল খুনেৎ কুমনা লংমাই থেনখাঙ তাললকপতা। অভৌপা কোরৌ খোঙচোমপা মালং নোংপোক নিংথৌনা । তাঙচা লিললাথী

লিলকপোক অঙৌপাপু শাওলঙামলাতানা । লংমাই ঈশোকলমপু মুংপী লমচাউ খননাতি তাঙচা পৌপুরোননা লিললা লমপু থিংনাতি । চিঙলেল পললংলাততি লিললা ময়াপাকনা তাঙচা মরৈপু তমনা হুরেন মথৌ হেননাতি মুংপী লমতাং খললাপাতা । তমফা মৈতেংঙু চনুনাতি ঐতি কোরৌ নোংতংলেংপী মালেম লৈরী পায়পীনে । লিললা নঙপুতুম ঙককোইনাকে হায়নাতি তমফা য়াইপী খেরাংথাংনা য়োয়পু খাপী মথি নাইনাতি তাংচ থীখাঙলাকনা লিললা ফৈকোননানাতি। তমফা পুকনিঙ খেরাং থাংনাতি তিঙনা য়ৌরম খোংতাকি লাইচা ঈপাললাং ঈমু ময়োল শৎনাতি লংমাই মুংপী লমচাউ  কাখি য়ে । অতুনোংকিপু লংমাই তিঙনা ঈশোকথেল তাঙচা লিলকপোক অঙৌপানা ময়াকাপা থেলও তৌনা কৌয়ে। ***(পাম্খেইপী খোংকুল)***

*শেললোয় - নোংমাইজিং চীংজাও । চিঙরাংথকতা - অরাংবা চীংথক্তা । লংমাই - নোংমাইজিংচীং । সনা খোঙলেল ঙাল - সনা শঙ্গাইগী খোঙজাও পুমঙাল ঙান্না । সনা পুললাং লুরোয়খোংনা - সনাবুল কোকখোং পুদুনা । খুনেং কুমনা - মথং মথং কুমলক্নুনা । থেনখাঙ তাললকপতা - অতেমবা লম য়ৌনবা লাকপদা । মুংপী - লম্বী । খননাতি - থংনদি । তাঙচা পৌপুরোননা - লিলনা পৌ ওইনা থিংবা, লিলনা রাগী পৌ লোনবগুম লোনবা । কোরৌ নোংতংলেংপী মালেম লৈরীপায়পীনে - লৈপাক নোংথৌ তুনা লেংলগা লৈবাক্কী মরী পায়রিবী নুপী মাইবীনে । ঙককোইনাকে - ঙকতা কোয়শিনগে ।*

## তিঙহিং

কবো মদাইমাদি নয়ুরা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লাংওল্লকপদা । ময়িম শেনবী কবোনা রাংলেন মপুঙচাবু তিঙ য়ৈরময়ে তিঙহিং শাখুলথকও কৌএ । নেমনা য়ৈরবদি তিঙহিংশাখুলখাও কৌএ । ***(পোরৈতোন খুম্বোক)***

*কবোগী লমদম অমদি নবুথৌ চীংখোঙ পোইরৈতোন্না মথং মথং লাকপদা, কবোগী মীনা পুংবু তিঙ লাউনা য়ৈরশ্মী অদুগী তিঙহিং শা খুলথক কৌখি । নেমনা য়ৈবা মফমনা তিঙহিংশাখুল খা কৌখি ।*

## তিপাইমুখ (টিপাইমুখ)

তুইবাই তুরেলনা চেল্লক্লুনা ঈতিল্লফম বরাক তুরেলগী ঈথেক অদুবু তুইবাই মুখতগী টিপাইমুখ হায়না কৌই ।
***(ভুগোল অহানবা)***

*তুইবাই - চুড়াচন্দপুর এরিয়াগী চীন চীংশাংগা লোম্নবা মফম অদুদগী লোকমচা কয়ামকুম থোরক্লুনা অরাং পাংনা চূড়াচান্দপুরগী  ঙমখৈদা চেল্লি। চুড়াচান্দপুরগী ঙমখৈদা লোক ময়াম অসিগা অরাংলোমদা চেল্লকপা তুইলা অমসুং তুইলি লোক্কা তিন্নদুনা তুইবেল হায়না মমিং থোন্দুনা এরিয়া অসিগী ঙমখৈ ফাওবা খা পাংনা চেল্লকই । চুড়াচান্দপুরগী খা থংবা ঙমখৈদা খারোমদগী চেল্লম্লগা লুসাইদা চংখি । লুসাইগী ঙমখৈদা তুরেল অসিনা কুলেনক্লাং চীংশাংগী মোইরাং লাইজিদা খারোমদা চেল্লকপা তুইবোল তুরেলগা তিন্নরগা মমাই অরাং পাংনা চেনখৎলক্লুনা চুড়াচান্দপুর এরিয়াদা অমুকচংখি, মদুদগী তুরেল অসি তুইবাই হায়না কৌদুনা অরাংপাংনা চেনখৎলক্লুনা চুরাচন্দপুর এরিয়াগী খা নোংচুপ ঙমখৈ লেপলমলগা বরাক্কী ঈথেক্তা তাই । তুইবাই তুরেলনা লাক্লুনা তিন্নফম বরাক্কী ঈথেক অদুবু তুইবাইমুখতগী টিপাইমুখ হায়না কৌই ।*

## তিল্লান

লমলেন তিল্লান কৈথেললেন ও কৌবদি কদৌনোংগীনো । মরুপ ফ্রিংকী লনওনবনা ব্রাকয়ে মখুনেৎ তোংচেং হ্সিঙ সাববুদি তিংকি ও কৌয়ে । তিংকি মহিচাবু থাংলময়ে। অদুনোংগীবু তিল্লান কৈথেললেন ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## তিল্লাং হাইশিংফম

শেল্লোয় মখনমা লংমাই মদাইমদি । য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা তমফা ব্রাংঙমলোন তুবী য়েকলাবা লাইরেন য়েকতৈবা চনু থাঙলেন হাইকুপ চেনবীনা । শেল্লোয় মচীং কারকপদা ফৈরা তান্না চোকলবগী পামেন উনাথৎনা তিল্লাং হাইশিংননা হুল্লাল্লময়ে। ব্রাংঙমল্লোন মপন তাংশক্তবী তিল্লাং হাইশিংফমনে। অদুনোংগীবু তমফা ব্রাংঙল্লোন তিল্লাং হাইশিংফম কৌয়ে। *(নোংমাইজিং চিঙ্গোইরোল)*

*নোংমাইজীংগী মফম অমদি লাইগী শাইওন ওইবী মৈতৈ নিংথৌগী মচানুপী পাম্বোইবীনা নোংমাইজীং চীং কারকপদা খোঙ খুৎ চোকথদুনা ব্রারবদগী উগী উনা থৎলগা তিল শিংতুনা হুন্দোক্লম্মী । মপা মমাবু থৌওইদবী পাম্বোইবীনা তিল শিংফমনি হায়বগী তিল্লাং হাইশিংফম কৌখি ।*

## তিংগা ঈশোকথেন

শেল্লোয় মদাইমদি তিংগা ঈশোকথেনও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লংমাই খোইনিং খুনগী শেল্লোয় তিংগা কৌবনা লাইজ ঈশোকথেন লংমাই ঈব্রানব্রাই । তাংজ লিন্নিগীদি লিল্লা ওম্মোকপা তাংজ সোকনা উদবা লিনকাপোক অঙৌবনা য়াকাখোং । তাংজ নারিনসং লিল্লা য়েকতৈবনা তাংজ নারোননুংদ শাম্বুপখোং লংমাই তিংগা ঈশোকথেনও তৌনা কৌএ। *( নোংমাইজিং চিঙ্গোইরোল)*

*নোংমাইজীংগী লমদম অমবু তিংগা ঈশোকথেন কৌবদি করিগীনো । নোংমাইজিং খোইনিং খুনগী তিংগা কৌবনা ঈশিং শোকফমনি । মফম অসি ওম্মোকপা মীনা উবা ঙম্নদবা কবোক অঙৌবা মচুগী লিন ময়াম লৈফম খোংনি । অদুগা অশংবা মচুগী নারিনসু নাপীরক্তা থুগুনা লৈবা খোং অসিবু তিংগা ঈশোকথেন কৌখি ।*

## তিংবি ব্রাইকৌপাৎ মুংবি লমথোলপান

তিংবি ব্রাইকৌপাৎ মুংবি লমথোল পালও কৌবদি কদৌনোংগীনো। অয়াঙচামবা লৈখম ফাবনা পোরৈ খুনকুমলক লংমাই খুলতারকপদা । ময়িম সেলোয়না লমবীবু মুংবীও য়িলপাকপু ব্রাইকৌও থোংবু তিংবিও কৌয়ে। থোংলেন তিংবি লানবদা ব্রাইকৌ মরুতুপপু লাইজঈদা তারময়ে। অদুনোংগী তিংবি ব্রাইকৌপাৎ মুংবি লমথোন ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা) * ব্রাইথৌপাৎ থোনবগী মতাংদসু য়েংবীয়ু।*

## তিংসোং

সরপুং থোনবদা য়েংবীয়ু ।

## তুখোংলোক (তুৰাউ ৰোক, পেংশিরোক)

চীংখোঙ পোইরৈতোন্না পানবা কৈ লমফম্নবু কনানা থেংনবা ঙমগদগে হায়না হংলকপদা । লাংবন খোই চীংখাংখুন্না খোইরাংচেং খাংনৌবা ঙারেন য়ুশুংবা খোইঙাংচেংনা । ইয়ুৰা চীংখোঙ পোইরৈতোনও ইহাক ককচা লুফাংনবীও ইখ্বাংসিনা মেলগা য়াইগা তোপ্লিও ইনিং য়েত্তুম নারন লেংবিও ঐ পানবা তুরক খায়না চৈবিগে হায়খিয়ে। ঙারেন য়ুসুংবনা পানবা তুরক খায়না চৈবিরে । পানবা খোংদুম খোংনা চেনখিয়ে তুখোংলোকও কৌএ । কৈরেন লাউদুম লাউনা চেনখিএ তুৰাউরোক ও কৌএ । পানবা পেংনা চোইনা শিরে কৈরেন পেংশিরোক কৌএ । *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

*চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লম্বী থত্তুনা লৈরিবা কৈ অসিবু কনা কনা থেংনবা ঙমগনি হায়না হংলকই। লংবনগী মখ্বাংচেংবা ঙারেন খোইঙাংনা হায়রকই - চীংখোঙ পোইরৈতোন, ইকোক্তা লৈতেং হাম্বীয়ু, খ্বাংদা হী য়াই পুনবীয়ু, নীংদা য়োং মচীনতুম্বা থেংপীয়ু অদুগা কৈগী মতু হায়দোক্তুনা ফুরগা হাংকে হায়খি। ঙারেন খোইঙাংবনা কৈগী মতু মরক্তা ফুথরে। চৈনা ফংলবা কৈদু খোংল খোংলগা চেনখরে, অদুদগী তুখোংলোক কৌখি। কৈনা লাউদুনা চেনখি হায়দুনা তুৰাউরোক কৌখি। লম্বী থংপা কৈদু ঙাওনা ফৈনা পেং চোইনা শিরে, কৈরেন পেংশিরোক কৌখি।*

## তুনান (নুংনান)

চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংবুরোই লাংওল্লকপদা। লাইচা ঈরোন্নুংগী থৌদু ঈশং থাংবদি শমু মখোঙতোনবু নানখোকলে তুনান ও কৌয়ে। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

*চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংগী মফম অমদগী মফম অমদা লাকপদা ঈশিং মনুংগী ঈশং থাংবা নুংদা নাম্বুরে হায়বদগী তুনান কৌই । লাইরিক অমদা তুনানবু নুংনান হায়না ইবসু য়াওই ।*

## তুপপি (তুমপী)

(১) মৈদিংঙু তুবি চরাইরোংব খোইমোম লাইমিংবু শৈওনবা নুংবি মহিথেন্দা তিংথৌ খোংচিতাক লেমলৈ ঙারা কোন্দেবা মহিথেন্দা । লাইরেন নিংথৌরেন্না মরোংচুংশুদা লোইবী খুচুমচাবু তাববু শোংকিদনা । চীংশাং খোকলোই হৌববু শোঙ্গাংদনা।লেমলৈ ঙাতানোংদা অচঙববু ব্রাকয়ৈ হিতুপথন ঙানান হিমাতৈ ঙাপা পৌদোংয়ান লাইরেন মরান ওন্দেরকপদা । মদাইরেম খুমন মচা ময়ু নোংয়াই হাওরমতোন অদোন য়াংবা কাইবা মনোংয়াই । নোংথোন তেংমাইথিনবা মপারি চোইনৌ সনা খাওজাও পুবনা শমু খোঙলম চৎপদা । মহৌ ফাইবোক ঈগা নোঙ্গান চীংজাও ঈগা শরোন নাকপঙ ঈগনা তুরেল মোংবা ঈবু ফৈনা তৃখিয়ে তুপপিও কৌয়ে। *( লৈরোন)*

(২) নুংকোন চীংচাউয়িগা সারোন নাকপকয়িগা লাইচা য়িরম অহুমমানা । তুরেল মোংপা তুখুনয়িপু ফুয়না তুনা চেলএ তুমপীও থোন্নেএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*মৈতৈ নিংথৌ চরাইরোংবা (খৃ: ১৬৯৭ - ১৭০৯) না ঙারা য়াম্না লৈবা নুংবী হিন্দেদা ঙা ফাবদা । নিংথৌরেন্না চুং তাসু য়াওদনা, চীংগী খুচুমচাবুসু কিরুবা তৌদনা, চীংশাং মীয়ামবুসু খল্লুবা তৌদনা ঙা ফারবদা অচঙবা ঙানা*

*হি অমা থল্লে ঙানাননা হি অমদা হাপলে। ঙা পাবোৎ শেমদুনা ময়ুম হল্লকপদা মনাই খুমন মচা হাওরমতোন লৌথিবগী মশু নোংখোন তেংমাইথিনবগীনা মচানিপা সনা খাওজাও পুবনা খোঙলম্বীদা চৎপদা মহৌ ফাইবোক ঈশিংগা নোঙ্গান চীংজাওগী ঈশিংগা শারেন নাকপক্কী ঈশিংগনা তুরেল অচৌবগী ঈশিংদা ফৈনা তিনশিনখি হায়বদগী তুপপি নত্রগা তুমপী কৌখি।*

(৩) হাওরৈ খানা পাংবরম থৌদু নুঙপৈরম্মু নাতৈননা । লাইরেল মৈতেংঙু তুবি চরাইরোংবনা নুঙগী মহিথেল তিংতৌখোংমীতাক ঙারা কোনতৈবা মহিথেন্দা । নমু মৈতেংঙু তুবি চরাইরোংবনা লোইবী মনিন নাইববু সোংকাংদা হেমবা মরাংহৌববু সোংকিদনা মরোঙ চুঙসুদা তিমেল তাসুদনা লেমলৈ ঙাতাবদা। লেমলৈ ঙারেল অচঙবদি ৱাকয়ে হিতুপ হোল ঙারা পৌতোল লোন্না মরাল ওন্দেরকপদা । মদাইরেম য়োইপা খুমনচা ময়ু হাওরমতোন অতোনবা য়াংবা কাইবা থাঙয়ান কনবা মনোংয়াই । নোংথোল তেংমাইথিনপা মপারী চোইনৌসনা খাওচাওপুব সমু খোঙলম চৎপনা । মহৌ ফাইবোক ঈগা নুঙকোন চীংজাওলোক সারোন নাকপক ঈগা তুরেল মোংবা ঈবু ফৈনা তুপলম্বগী লাইজ ঈরানঙমদনা লৈঙমলবদা । লাইরেল মৈতেংঙুনা ৱাকয়ে হিকুনুংদা হাপ্না হোল্লকঙৈ । লাইরেল মৈতেংঙুনা লাইজ ঈপাকতা খোংলেন মরিতুরে হায়না শোল্লময়ে। অদুনোংগীবু তুপীও থোন্নৈয়ে । ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*ঙারা কোনতৈবা মহিথেন্দা - ঙারা কৌবা ঙানা মকোন ওইবা হিদেন্দা। সোংকাংদা - কিদনা। মরোঙ চুঙসুদা তিমেল তাসুদনা - চুঙ তা য়াওদনা । ঙারা পৌতোল লোন্না - ঙারা ৱাদা লেংদুনা। মরাল ওন্দেরকপদা - ময়ুম হল্লকপদা। সমুখোঙলম চৎপনা - খোঙ লম্বীদা চৎপনা । তুপলম্বগী - ককথৎলম্বগী , তিনশিল্লম্বগী । লাইজ ঈরান ঙমদনা লৈঙমলবদা - ঈশিং লানথোকপা ঙমদনা লৈরম্লবদা । হিকুনুংদা - হি মনুংদা । খোংলেন মরিতুরে - তুরেল মরি তিম্লে, খোং মরি পুম্লে।*

## তুমপী (য়াংকেল তম্পাক)

লমলেন তুমপী মহীথেনও কৌবদি চীংখোঙ পোইরৈতোননা পোইরৈ শিদহৈবু খুনথিরকপদা । লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবা মোংপা তুতেংপাকা লমওকনরে । হয়িঙৈ পাথৌ কৌবদি ইচুমমাও কৌএ । ইচুমমা নংদি কনানো পাওহংখিয়ে । ঐদি লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবা মোংপা তুতেংপানে পাওখুমখিয়ে। ইচুমমা নংদি কনানো পাওহংববু । ঐদি চীংখোঙ পোইরৈতোন পোইরৈ শিদহৈবু খুনথিবনে পাওখুমখিয়ে। তৌইগীদি চীংখোঙ পোইরৈতোনও ইচুমমা নৎতে ইউৱানে । ইউৱা চীংখোঙ পোইরৈতোনও নংনা খুনথিবগী পোৎনা লুম্বরা । ঐনা মোংপা তুতেংপাকী পোৎনা লুম্বরা য়েংনসে হায়না য়েংনখিয়ে । ঙাংঙোই য়োইমোংবগী পোৎতি ৱাকয়ে হিনা হোলবনিগীনা লুমএ তুমপীও থোন্নয়ে। হয়িঙৈদা অরুমববুদি অতুমপা কৌএ। অয়াংববুদি অৱাংব তৌনা কৌয়ে । চীংখোঙ পোইরৈতোনগী পোৎতি শমুখোঙনা পুবনিগীনা য়াংয়ে য়াংকেল মতমপাকও থোননায়ে ।
***(পোইরৈতোন খুম্মোক)***

*তুমপী হিদেন কৌবদি চীংখোঙ পোইরৈতোন্না মৈতৈ লমদা শিদ নাদবা খুন্দাফম থিরকপদা লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবা তুরেল তেংবগা উনরে । থায়না মরুপ পাথৌবু ইচুমমা কৌই । মরুপ নংদি কনানো হংখি । ঐদি নিংথৌ মচা ঙাংঙোই য়োইমোংবা তুরেল তেংবনি খুমখি । মরুপ নংদি কনানো । ঐদি চীংখোঙ পোইরৈতোন মৈতৈ লমদা খুন্দাফম নুংঙাইবা থিবনি খুমখি। অদু ওইরবদি চীংখোঙ পোইরেতোন নংদি মরুপ নত্তে ইবুধৌনি। ইবুধৌ নংনা খুনথিবগী পোৎনা লুম্বরা ঐনা তুরেল তেংবগী পোৎনা লুম্বরা হায়দুনা য়েংনখি । য়োইমোংবগী পোত্তি হিদা হোনবনিনা লুম্মী অদুদগী তুমপী থোনখি। মমাংঙৈদা অরুম্ববুদি অতুমবা কৌই । অয়াংববুদি*

*অরাংবা তৌনা কৌই । চীংখোঙ পোইরৈতোনগী পোত্তি খোঙনা পুবনিনা য়াংই অদুদগী য়াংকেল মতমপাক থোনখি।*

## তুমু

করো মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোন্না শেনবী শিদবা করো নাদববু খুনথিরকপদা। শেনবী মুতুম মুনা তুমলময়ে অদুনোংগীবু তুমুও তৌনা কৌয়ে। ***(পোইরৈতোন খুন্থোক)***

*করোগী মতাই থংবা লম অমদি চীংখোঙ পোইরৈতোন্না শিরোই নারোইদবা খুন্দাকম থিরকপদা করোনা মুতুম মুনা তুমদুনা লৈরম্মী হায়বগী তুম কৌখি ।*

## তুমলৌ

তাওরোইনাইনা তুতৌঙৈদা মানমপু মাপাল ফৌরময়ে লাইরেলনা উরৌয়ে। অদুগী তাওরোইনাইনা ঙারিলকুম মচিন তুমনা ইনথখিয়ে। অদুগী তুমলৌ কৌয়ে। ***(লম্মীলোন চেথুপ)***

*তাওরোইনাই কৌবা লাইনা তুরেল তৌঙৈদা মনমগনবু ফৌরম্মী। মনমগন ফৌবা অদুবু লাই মকোক ওইবনা উহৌই । মরম অদুদগী তাওরোইনাইনা ঙারিলগুম মচিন তুমনা ইনথখি হায়বগী তুমলৌ কৌখি ।*

## তুসাংকোন

তোরয় নমসাংমাতি। নয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোন খোংফাং অতোনপা খুনপী পোংমাহনন‌া। মোংপা তোরয়মা অসিতি করম সাংপানো হায়না সোললমএ তুসাংকোন কৌএ। ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*হিদেন অশাংবা অমদি । নবুথৌ চীংখোঙ পোইরৈতোন খোংফাং অতোনবা খুনগী মপী ওইবা মী অহন্না তুরেল তোরৈ অসি কয়াদা শাংখরবনো হায়না মচীন্দা শোল্লম্মী অদুদগী তুসাংকোন কৌখি ।*

## তুমে মৈ

থোইখা তুমেমৈ কৌবদি কদৌনোংগীনো। হাওকু তাওহুইরেং চাহুই কাংবরৈগী তেকপী ওকরাল্লুবা তরুকমনা। মার মখোঙখুলবু থুনা চেন্না তাল্লকঙৈ। তেকপী মরোকচানা মে মে লাওনা খোংলমএ। অদুনোংগীবু থোইখা তুমে মৈও কৌএ। ***(নিথৌরোল লম্বুবা)***

*থোইখা তুমেমৈ কৌখিবদি করিদগীনো। খোংজোমনুপী মতা তরুক্কী মপুরোইবা হাওকু তরুক্কা চাহুই কাংবরৈ লমদগী ওক লৈরুরগা খোংজোমনুবী মতা তরুকপু তাম্নরকপদা মখোয়না পুরিবা ওকনা মে মে লাওনা খোংলম্মী। মরম অদুদগী থোইখা তুমেমৈ কৌখি ।*

## তুরেক

খারম মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোনবু ময়ুম লোইবি মরেমনা চেংলৌ শক খঙদবগী । লোইবি মপাচাগা লেপনা থিন্না হায়নঙৈনে। কোরৌ নুমিৎ মঙানি লেকলমএ। অদুনোংগীবু তুরেকও থোন্নৈএ।

***(পোইরৈতোন খুন্থোক)***

*চীংখোঙ পোইরৈতোনবু চীংমী মরেমনা শক খঙদবদগী মপা মচা পুম্নমক্কা ৱারী শানদুনা নুমিৎ মঙানি লেক্লম্মী । মরম অদুদগী তুরেক খোনখি।*

## তুরেল লাংমৈপুং

(১) নাহন্নোং কোরৌ নোংমখা মালেম তমপাক লৈময়োন্দা। ইমোম নোংবাল্লোন নোংমোইনু অহোংবীবু কাওজানখিবগী । মপারী লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবগা মশানৌ কোনতে য়োইহৈতোন তাওথিংমাংগা অনিমবু শাৎলে । মমোম লৈমা লাইরোক লেম্বীসু ফুইনরে । মমোম খোমদোন ৱাংগোল লাইরুরা অতেংবীবু লৈবরা পাওহংঙামলুও। মমোম খোমদোনবু লৈম্নিগীদি হৈনা মউকন পামেন উরাইহক্লা য়ুমজিন কাকফৈ থা শুমাই উরোং খিল্লুও হায়না থৌশীরক্লবদা । কোরৌ লাইফংথৌশিংনা লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবদা ৱাহমলকয়ে। চীংঙু নোংথৌ সোরারেন কোরৌ নোংনিংথৌনা হায়রকয়ে । নমোম চরৈ খোমমদোন ৱাঙগোল লাইরুরা অতেংববু লৈবরা। কোরৌ শেনজংনা ৱাংবন পাইজংনসে হায়ঙমলকয়ে অসুম পাওমেনববু । লাইরেল ঙাংঙোইয়োইমোংবনা চীংঙু লাইফংথৌশিংও ইমোম চরৈ খোমমদোন ৱাঙগোল লাইরুরা শাফবীবু লৈয়ে। চীংঙু মখুৎবাক্তা কাওজানগে । নাহন পলেম ইমা নোংবাল্লোন অহোংবীগী মনকৎঙৈগী কাওশিং মনশিংমবু ৱাৎপিরক্লুনো । কোরৌ নুমিৎ মঙানি শুরবগা ইমোম মেনু শাফবীবু মরান লুহোংখোংদোংবীগে হায়না নুমিৎশীংথারবদা। চীংঙু লাইফাংথৌশিংসু থিংলৌ নীংনা তেনা খোইমোম সনা মখোঙ খাদা পাওমেল্লুইয়ে হায়দবরা । চীংঙু থংবা নোংনিংথৌও লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা পাওমেল ঙামলকয়ে । মমোম চরৈ খোমমদোন মেনু শাফবীবু চীংঙু নঙোন্দা কাওজানগে। তোইগুম নাহন্নোং পলেম মমা নোংবাল্লোন নোংমোইনু অহোঙবীবু কাওজানঙৈগী কাওশীং মনশিংমাবু ৱাত্তনা কুবীরকও । কোরৌ নুমিৎ মঙানিদা চীংঙু নংবু খোঙহৌরক ও । মরান লুহোং খোঙদোংবীগে অসুম পাওমেল্লবদা। চীংঙু নোংপাখংনা উনবী মরাংকায়না হরাওঙাময়ে হায়দবরা। কোরৌ নুমিৎ মঙনি শুরবগা মমোম মেনু লৈতবগী । লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা মমোম মেনু শাগে হায়বগী । লৈরেন লৈজাও লাংমৈ পুঙমাইচিন শম্মৈ খোমদোনয়োম শমজি হুক্তং থাংনা থবাক ঙৈথোমনা কোলোই মঙাল নাইনা খোইমোম লাইফমলেন্দা ঙাইখমলে । চীংঙু নোংথৌ সোরারেন অৱাংপাখং য়োইরেনবসুং । কোরৌ নোংনাংপান্দগী শঙদিং লোনঙৌচিন লোম্বাং মঙাল নাই সনা কোনখাংয়াইদালাং । কাওশীং মনশীং মশীংশুনা চীংঙু লাইফংথৌ খোইমোম মঙাইরোইবু ঙাইরোইননা কুম্লকলে। মমা য়াংনু কজেংফাবীচা তাওজিং হৈয়োনফমদা হৈরাং য়োইথোল্লম্লবগা। চীংঙু নোংথৌ সোরারেন্দি ঙাংঙোই য়োইমোংবগী শরেন য়েৎলম লেপ মেনু শাফবীগী খোইমোম লাইকোননুংদগী মরান লুহোং খোঙদোংবীরবদা । তাংজ ইকাই নংগনে হায়বগী মচল মেনুথোংবু থোংলেন পানবৈ লানবদা শমু খুয়োলথানা লাইজ ঈরোন্নুংদা লুপখিরে । চীংঙুনোংথৌ সোরারেন্না থোংলেন ময়াই লেপ্পা মিৎয়েং শান খৈরিঙৈ। লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবদি খোংলেন লৈয়াংপা মালেম লৈনিনবনিগীনিনা খোংলেন মরিন ইন্না তাওথরকয়ে । লাংমৈ পুংলেন মরুথেত্তি লাইজ ঈরোন্নুংদগী তাওখৎলকয়ে। অদুনোংগীবু তুরেল লাংমৈপুংও তৌনা কৌয়ে।

*(তুতেংলোন)*

*চীংঙু নোংথৌ সোরারেন কোরৌ নোংনিংথৌনা লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবগী মচন নুপী চরৈ খোম্মদোন ৱাঙগোল লাইরুরা শাফবী মেনু পীয়ু হায়হল্লবদা, ঙাংঙোইয়োইমোংবনা নুমিৎ মঙানি শুবদা লাকউ লুহোংবিগে হায়দুনা সোরারেন অৱাংপাখং য়োইরেনবনা খোইমোম মমান্নবশিংগা লোয়নননা লুহোংবা লাকলবদা, মচন*

*মেনু লৈতবনা ঙাংঙোই য়োইমোংবনা মেনু শারদুনা লৈরেন লৈচাওপু লাংমৈ পুংলেনচিন শমমৈয়োম শমজিহ্নক তুংথাংনা থবাক ঙকথোম্লনা কোলোই মণ্ডাল নাইনা খোইমোম লাইফমলেন্দা ঙাইরগা লুহোংলে। লুহোংবা লোইরগা চীংঙু নোংথৌ সোরারেনগা লোয়ননা লুহোংবা থিল্লকপদা মেনুথোং লানবদা মেনু শারিবা য়োইমোংবদি তুরেন্দা তারদুনা লাইজ ঈরোন্নুংদা লুপথ্রগা খোংলেন লৈয়াংপনিনা খোংলেন মরিন ইন্না তাউথগ্রে। অদুগা মানা চিনখিবা লাংমৈ পুংলেনদি ঈশিং মনুংদগী তাউখৎলকয়ে হায়বগী তুরেল লাংমৈপুং কৌথি।*

*কাওজানখিবগী - থাজখিবগী। শাংলে - মচানিপা পোকপদা শাংপা মচানুপী পোকপদা ফুইবা হায়না তেংথাই। ৱাঙগোল লাইরুবা অতেংবী - পাছোইবীগুম্না ফজবী। পাওহংঙামলু ও - হায়রু, হংলু। লৈয়িগীদি - লৈরবদি। হৈনা মউকন পামেন উরাইহক্না য়ুমজিন কাকফৈথা শুমাই উরোংখিল্লু ও - নিঙোন থাজনবগীদমক হান্না হায়নদুনা থল্লু। থৌশীরক্লবদা - থৌদারক্লবদা। ৱাহমলকই - হায়রকই। শেনজংনা - ইশেন ওইনসে। পাইজংনসে - ইবাই ওইনসে। হায়ঙমলকয়ে - হায়রকই। মনকংঙৈগী - মমল পিখিবগী। থিংলৌ নীংনা তেনা - অমুক হনথ্রগা। কুবীরকও - পিবীরকও, চানবীরকও। খোঙহৌরক ও - লাকউ। উনবী মরাং কায়না - পুক্নীং নুংঙাইনা। লাংমৈ পুঙমাইচিন - উচেক লাংমৈদোংগী মতু থেংপা। শম্মৈ শমদোন য়োম শমজি হুক্তং থাংনা - শম ফজনা তাশিন্দুনা পুনবা। থবাক ঙৈথোমনা - থবাক তোঙহন্দুনা। শরেন য়েংলম লেপ - য়েংলোমদা লেপ্পা। শমু খুয়োনথানা - নাম্বুদুনা তাবা। মিংয়েং শানখৈরিঙৈ - য়েংদুনা লৈরিঙৈ। খোংলেন লৈয়াংপা মালেম লৈনিনবনিগীনা - তু- খোং তৌবা ওইবনিনা। লাংমৈ পুংলেন মরুথেক্তি - কোক্তা থেংপা উচেকলাংমৈ মতুদি।*

(২) মোংবা তুথুপমাদি তুরেল লাংমৈপুংও কৌবদি । থেবা নাহকপা মমোমলোন মোমলাংতাউ অতাউবী চানা চৈরৈ মকা ফোংবৱাগী কংলৈ লমনা ওললে । লেমলৈ খেরাংথাং ৱানচেং ৱাইকুপ তাউ পেঙবা লুরোইকা ঙাৱা খুৎপুন চোংববু । লয়কু লয়রায় নুং কাউসু কাউরা লক্তা সানথুপলে । খাবা সোকচ্রোংবনা ইদাইরেম য়োইরেন লাংকোনচুম্বাও নঙবু খোমলেন মঙজঙলাউ ও হায়খিএ । য়োইরেন লাংকোনচুম্বগী খোমলেন মঙলানচান্দা খোইমোম লাইজা য়িমাবগা খোমলেন মঙপাউ চেললমএ । য়োইরেন লাংকোনচুমবাও থেবা নহাকপা মমোমলোন মুসিনলাং অসীনবীনা চৈরৈ মকাফোংবগী কংলৈ লম্না ওনলে কংলৈ লমতাইও হায়খি ও । খাবা সোকচ্রোংবা কংলৈ লৈবাক মপানা কোনথা য়াইথাইএ। চকফি লমহমএ য়েরুম লৈপীএ খোমলা চোইনা তাইএ তেকপী ওকলাংমৈনা কংলৈ লমদাইববু তেকপি ওকসা পৈববু লাংলমএ। অদু সুংমতোমতে । ঙাংঙোই য়োইমোংবনা চীংঙুনোংথৌ সরারেন্দা মোংবা মচন মেনু লৈএ হায়না চিলহাঙৈদা। লাংমৈ পুংলেনচিননা মেনু সাববু খুয়োনথঙৈ তুবি মলাংমৈবু লাইজা য়িরোননুংগী তাউখৎলকএ তুরেল লাংমৈপুংও কৌএ । অদুসু মতোমদে। হৈরেম কাংহৈনু লেমলৈ ঙাতা পান্বী মপারি নুংপাল য়াংহনবা লীরী তেনতোং সেনবগা লুৱাং য়াংখুবা খাচম লীকোকপাকা থৌরংৱারংৱাইনে । লংমাই ইলুৱাই উসা মৈপুংৱাইনে। তাউচিং হৈবোংপোক লেমলৈ ঙাৱাতাগী তুরেল লাংমৈপুংও তৌনা কৌএ । ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

## তুলাই

ঙাইমু খুললেললৈ তুলাই মচীংশাংও কৌবদি কদৌনোংগীনো । লহাললনোং হয়িঙৈদা খোইমোম লাইরেম্মা কনচাও মৈপোকথোকপী সালনুবী চরৈফিনা হুইয়াই ঙাইনোক তুংওইনা য়াংফংকোনলোই ঙমদবীগা । খোইমোম

মসাবী খোমতু চীঙসাবা মচীঙসাং লোকতু চীঙসেম্বা মালতৌরোকপু নাপোম লোকমাইমবু খাক্তনা লীরেল য়াইরী ফমলোই তাননা চরৈ ফিসেৎনবগা চৎনা ঙাইনা ওংকাইনরমএ । অদুনোংগীবু ঙাইমুও কৌএ । তুক্লা হুইনা লৈরমএ অদুনোংগী তুকহুইচীঙও কৌববু ময়িম লোইবী মনিল নাইবনা তুলাইও কৌএ । *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*কনচাও মৈপোকথোকপী - শাগনবী । হুইয়াই ঙাইনোক তুংওইনা - ইকাই ইকি থাদোক্লনা । য়াংফং কোনলোই ঙমদবীগা - ৱাপী ৱাতাই শানবা য়াদবীগা । ফমলোই তান্না - য়ান্না, লৈফম তানা । ওংকাইনরমএ - থেংনরম্মী, ওক্তরম্মী, উনরম্মী ।*

## তুৱা অচনপা

(১) অতোম য়োইরেনপানা ৱাকয়ৈ খোঙওইনানা মোংপা খুনলম য়িননা নোংয়াই খুমন লমদা খুনকুমলকপাতা। মথিং খাংখাপা তুশাংহিনামপানা তোংচেংফৈনা লামনা থৌখামঙমএ । নামফৈও কৌএ । মৈতেংঙুনা তয়মসা অসি ইনুং সোয়য়াইমাদা ইয়ু লাইরেল নাউফংবা তিংয়ি ৱাফোংলাকতা কংলা চাকচানোংদা । শানৌ হেমতৌ লোয়য়মপানা ফমমোইমিৎতা ফমলৌয়ে। অতুনোংকিপু নোংয়াইলমদা কুমলকপনে । ঐপু থৌখামলাকুনো হায়না লাইরেল ৱাকয়ৈ মখুনেৎপু তুথখিএ । তুৱা অচনপাও থোননৈএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*মৈতৈ নিংথৌ অতোম য়োইরেলবনা (খৃ: ১১৫০ - ১১৬৫) হি তোংদুনা খুমনদা লাকপদা মথিং খাংখাপা তুশাং হিনম্বনা হিদু ফৈনা লামনা খাল্লম্মী অদুদগী নামফৈ কৌখি । মৈতৈ নিংথৌনা ইনাইশা ঙসি অহিংনোংয়াই ইবুথৌ নাউফংবনা শেল্লম্বা কংলা ফম্বান্দা ইনাও হেমদৌ লোয়য়ম্বনা ফমহৌরে । মরম অদুনা খুমনদা কুমলকপনি। ঐবু খাল্লগনো হায়দুনা হিতোংদুনা কুমথখি (তুথখি)। মরম অদুদগী তুৱা অচনবা থোনখি ।*

(২) মোংবা তোয়য়মাদি তুৱা অচনবাও কৌবদি । য়াইথিংবা উসোনবনা ৱাকয়ৈ খোঙওইনানা । নোংয়াই খুনকুমলকপাতা হাওসিবা তোংচেং হিনাউ সাবনা পোইরৈ মপললমবু হননা য়েংনা নুংসিখিএ । তোংচেং হিনাউবনা তেকপি ওকলাকোনদা চোংথরৌএ । অদোন য়াইথিংবা ৱাকয়ৈ মখুনেৎপু ফৈরমএ । নোংয়াই খুমন নিংথৌনা ঐগী তোংচেং হিনাউবা হাওসিববু লয়কু ইৱাংথকতগী চোংথৈএ । লয়রায় ইৱাং চোংথ লাইনবু লৌরবরা তোংচেং নৌমৈ থবকী খোইমোম লাইনাবু লৌখিরবরা । তয়ম হাওসিববু সিরবোইরে হায়না সোললমএ । অদোন য়াইথিংবা ৱাকয়ৈ মখুনেৎপু মোংবা খুনলম ইননা তুথখিএ । তুৱা অচনপাও কৌএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*তোরৈ অমদি য়াইথিংবা উসোনবনা হি তোংদুনা খুমন্দা কুম্লকপদা হিনাউ শাবা হাওসিবনা মৈতৈ লমবু হন্না য়েংবদা নুংশিখি । হাওসিবা হিনাউ শাবদি ওক্কোন্দা চোংথদুনা লৈহৌরে । হাওসিবনা চোংথখিবদা য়াইথিংবগী হি অদু ফৈখিরম্মী । খুমন নিংথৌ য়াইথিংবনা ঐগী হিনাউ শাবা হাওসিবনা লৈরাইদা চেংথখিববু লৈরাইগী লাইনা লৌরবরা হিনাউথক্কী লাইনবু লৌখিবরা ইনাই হাওসিবদি শিরমলগনি হায়না শোল্লম্মী । খুমন য়াইথিংবদি হি তোংদুনা খুমনগী লম্বী ইন্না চৎথখি (তুথখি) হায়বগী তুৱা অচনবা কৌখি।*

## তুসম

মোংপা মতাইমাতি লাইৱা লৈমা লাইসন থানপীকা নিংথৌ য়েললাংপাকা মরান লুহোং খোংতোংলকপাতা সমনাখিএ । তুসমও কৌএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## তুহাং

সেনপী পোংনা পোইরৈ তমতা তা ৱাংঙম তমতা কুমনা পনথেংকে হায়পাকী হুয়েল লালহৌরকএ । সমসোক নাতৈননা তরেৎ নমথৌচাংপু য়ৌবকএ হায়পাখ । লাইরেন মৈতিংঙু লোইনাই খুমোম্বনা নাতারাপাকী । মতাইরেম মপল কোইরেমপাসু লিনকোইকী খুরাই নাহা ৱায়রংপাকা । মপললোন লৈকাই সেনখুমপা য়ুরান মৈরীকপিচা লাংকোই সিয়ারুকনা হুনফুলৌপিচা ৱাংখৈ কয়তাঙ লেংপা ৱায়রৌপামপাকা । নপললোন তোংচেং থৱানফাপিচা খমলাং লোইচাঙমপা অথৌপাকা । তনপা মখোয় অহুমমানা হুয়েন লানকাচিংনা নোংপোক ৱায়রং লমসাঙ য়িননা হুয়েন লানতাখিএ । মাকলং য়িরান থৌচিনখিরে । সোমসোক মপুংয়াইপু নাতৈনানা মকন কমপোংচীং সনফু চীংলুখুমপু ঙমলোননানা সেনপী মায়য়োক য়ানারে । হুয়েন লানয়াম সিনা লানফম খুৎশু থানারাপাকী তাইপোং মায়য়োক য়াঙমতানা । মৈতিংঙু মাতইরেম খুরাই নাহা ৱায়রংপাকা ৱাংখৈ কয়তাংলেংপা ৱায়রৌ পামপাকা খমলাং লোইচা ঙমপা অথৌপাকা তনপা মখোয় অহুমমাতি মাকলং য়িরান ঙমতারে। লানফম খুৎসু হাঙলে থাঙলেন খুমু তামলাপাকী সেনপী মীয়াম কোয়না নমু চঙনা ফারে । সমু তুংপুনলয় পরয় লানকাসা সমলাং তরয়নানা থৌরী ঙংকোয় হুক মংসা লমলেন য়িননা য়াংলৌ লমচিংনরকএ । মংসা লমনুংসিতা তনপা মখোয় অহুমমাপু তেকপি ৱোকসুমসা লাংলেন চেপখায় খানা থমলমঙৈ । পামেল লীরুনুং তেকপি ৱোকসুমনুংতা পাউমেননাখিএ । পাথৌসিংৱো লাইরেন মৈতিংঙু খুমোমপাতি হুয়েন করিকী লানতাপিরকতাপানো । পনথৌ য়িখোইকী তামকপু লাংপন করোঙ খুৎখুম পিররোইপু হায়রাপারা হায়না চিংপু নোংপু সাংনা হায়নাখিএ। অতুনোংকিপু সেনপি লমতাংসাংৱো তৌনা কৌএ । পাথৌ য়িখোই অহুমমাতি লৈরাং অতিংঙাপু মৱোইরে পুমনা হাঙলে । অতুনোংকিপু তুহাংলমনুংসি ৱো তৌনা কৌএ । ***(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

## তুয়াই

তুয়াইও কৌপাতি ময়িম লোইপী মারেমনা লাইচা য়িপু তুইও কৌয়ে। ৱাইপু চাৱাইও কৌয়ে। হেমপা মাখনমানা ৱাইসম খাঙলোননা তাউথরকয়ে । তুৱাইও কৌপাপু অসৈ তাফাথিপানা তুয়াইও তৌনা কৌয়ে ।

***(মৈতৈ নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*তুয়াই কৌখিবদি মারেম চীংগী মীনা ঈশিংবু তুই কৌই । ৱাইবু চাৱাই কৌই । চীংমী কাওলুপ অমনা ৱাই সমদা হাপ্তুনা তাউথরকপদগী তুৱাই কৌববু ৱাহৈ শৈথা হৈবনা তুয়াই কৌখি ।*

## তুয়িংব

তুয়িংবও কৌবদি কদৌনোংগীনো । ময়িম লোইবী তাংখুল মনুং খাম্বী মৈরিংনা লাইজ ঈশিংবুদি তুই ও কৌয়ে । তুই ঈশিংবু হিংনা য়োংলে । ময়িম লোইবী তাংখুন অসিদি লাইজ ঈশিং তুইবু করম হিংনা য়োংবনো তুইয়োংবও কৌববু পোইরৈতাবা থিবনা তুয়িংবও তৌনা কৌয়ে । ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*তুয়িংব কৌবদি করিদগীনো । চীংমী তাংখুন ইমুংদা ফুঙ্গা নাইদুনা মৈহৌবনা ঈশিংবু তুই কৌই । ঈশিং অইংববু লুমথোক্তনা থকই । চীংমী তাংখুল অসিদি ঈশিং অইংববু করম লুমথোক্তনা থকপনো হায়বদগী তুয়োংব কৌববু । মৈতৈ ৱাহৈ ৱাতা হৈবশিংনা তুয়িংব কৌনখি ।*

*খাম্বী মৈরিংনা - ফুঙ্গা নাইনা । তুই - ঈশিং । হিংনা - তেকনা । য়োংলে - থকলে।*

### তুংকম

হয়িঙৈদা খাবা তৌওৎনা য়াংবা ফামলোই তানগে তানঙমদঙৈ । লোল্লাং পাখংবনা হেন্না মচেৎমাদা কবম তুমসিবনো হায়না সোল্লমএ । অদনোংগীবু তুংকমও কৌএ । *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*থায়না খাবা কাণ্ডলুপপু তানথোক্কে হোৎনববু ঙমদরবদা লোল্লাং পাখংবনা চীংগী লমদা লোৎতুনা করম তুমসিবনো শোল্লম্মী । মরম অদুগী মফম অদুবু তুংকম কৌখি ।*

### তুংচোই

লহালনোং হয়িঙৈদা খাবা তৌওৎনা য়াংবা ফামলোই তানগে তানঙমদঙৈ । লোল্লাং পাখংবনা খাবা চেপলোইনবনা উগনে য়াংবা লোইখোইবনা খঙগনে হায়না লোইবী মচেৎমদা তুঙনা চোইনা লৈঙমএ হায়বগী তুংচোইও কৌএ । ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*থায়না লোল্লাং পাখংবনা খাবা কাণ্ডলুপপু তাঙ্খোক্লবা হোৎনববু ঙমদরবদা লোল্লাং পাখংবদি অরোন অথুপ খঙগনবা খাবানা উখিদনবা চীংগী লম অমদা চৎথোক চৎশিন তৌদুনা লৈরম্মী হায়বগী তুংচোই কৌখি ।*

### তেকলাফাই

লমলেন তেকলাফাইও কৌপাতি কতৌনোংকীনো । য়োয়পু ব্রাংঙমলোন পানথোইপীকা মসাপী অঙৌপা কোরৌ খোংচোমপাকা অনীমনা তেকনা নৌনা ফাইরময়ে। অতুনোংকীপু লমলেন তেকলাফাইও তৌনা কৌয়ে ।
***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*লমদম অমবু তেকলাফাই কৌবদি করিদগীনো । মৈতৈ নিঙোন পাঙ্খোইবীগা মশাবী নোংপোক নিংথৌগা অনিমক্লা তেক্লা নৌনা লেক্লম্মী । মরম অদুগীবু তেকলাফাই কৌখি । মৈদিংগু চীংথংখোম্বনা মোইরাংগী তোরবুং হেল্লগা লৈবা শাইতোন তেকলাফাইদা লান্দাখি ।*

### তেনকৈখা

(১) মোংবা তোরয়মাদি খ্বাই নোংচেংবম পিবা য়েকমা হাওতংলা নমু পোংবরাচা অতনবা । ব্রায়রা মরীখঙ তাউহুইরেং অহনবা ফানালী কোরৌ নোংকাপলীবু লীরমএ । ব্রায়রা তেনকৈখাও তৌনা কৌএ ।
***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

(২) খ্বাই নোংচেংবম পিবা য়েকমা হাওতংলা নমু পোংবরাচা অতনবা ব্রায়রা মরীখঙ । য়োইময়াই তাউতনবা তাউহুইরেং অহনবা ফানা লী । অব্রাং কোরৌ নোংকাপ লীবু কৈমা ব্রাংতৈ থকতা লীরমএ। অতুনোংকীপু ব্রায়রা তেনকৈ খা ও তৌনা কৌএ । ***(অহোঙপুঙ লাললুপান)***

*খ্বাই নোংচেংবম পিবা য়েকমা হাওতংলা নমু পোংবরাচা অতনবনা তাউহুইরেং অহনবা নুমিৎপু কাপ্লগা ফানবা তেনবু লীরদুনা লোৎলম্মী হায়বগী তেনকৈখা কৌখি ।*

## তেন্দোংয়ান

শেল্লোয় নাকপকমা লংমাই চীংশামদি । লংমাই কোকপা তেন্দোং য়ান্না য়াওরৌ শানাবদা লীরী তেন্দোং মখুৎশুবু পামেন উতোনথক্তা য়াল্লমএ । অদুনোংগীবু লংমাই কোকপা তেন্দোংয়ানও থোন্নৈএ ।

***(নোংমাইজিং চীজোইরোল)***

*নোংমাইজিংগী নাপোম অমদি লংমাই কোকপনা শা তানবদা মখুৎশু লীরি তেন্দোংবু উতোনথক্তা য়াল্লম্মী । নুমিৎতুদগী লংমাই কোকপা তেন্দোংয়ান থোনখি ।*

## তেনথা

খ্বাই নোংচেংপম নাইচা য়েকমা হাওতংলা খাবা ফান্দোংবনা । য়োয়বুনাই মোমনু তাল্লোই ইরুম্বীও তরা চয়োমও ৱাংলৈ খোমহালও । ওক্লেন লাবা লৌচঙবা লাইরেল লাবা লৌতাববু লৈয়ে। থিঙলৌ সোকনরু ওক্লেন হানরুগে হায়না থেংকোইখিয়ে । থেংয়া লমনুংশিদা তাংজ লমফল্লে লিল্লা নাথেৎলবদা । য়োয়ময়াই তাওতলবা সনা খোম্মদোনদি লম্লেন লোইচিঙ সারোলয়াদা তারৈ তারৈ লৈথখিয়ে । মসাবী তাওহুইরেং অহলবদি নুমিৎ মশোং চাওনা হিং হিং খেনকারকলবদা । খ্বাই নোংচেংপম পিবা য়েকমা হাওতংলা নমু পোংঙারাচা অতলবনা । লীরি থমোইতিং লাকা তেলমৈ লাকনা য়োয়ময়াই তাওতলববু তমনা কাপখিববু ৱাইরা তেলবাল শোয়রে । তেলবী মদোম তাখিয়ে তেলতা কৌয়ে । ***(নুমিৎ কাপ্পা)***

*খ্বাই নোংচেংবম পিবানা নুংশি চান্নরবী ইবেম্মা ঙসিদি চায়োম য়ুখোম শেমলো। ওক অচৌবা লাইরেল লাবা অচৌববু লৌদা লৈরে, মখোয়বু ফানবা হোৎনরুগে। চায়োম য়ুখোম পুদুনা থেংয়া লমনুংশিংগী অশোঙবা মফমদা লোত্তুনা লৈরবদা , নুমিৎ সনা খোম্মদোনদি নোংচুপ থংবা লোইজিংচীংদা লৈথখরে। ময়াম্বা তাওহুইরেং অহনবদি নুমিৎকী মতিক মঙালগা লোয়ননা থোরকপদা খ্বাই নোংচেংবম পিবা য়েকমা হাওতংলানা লীরি চিংদুনা য়োয়ময়াই তাওতলবদা কাপখিববু তেলবাল শোয়রে । তেলবী মতোমতা তাখি হায়দুনা তেলতা হায়বদগী তেনথা কৌখি।*

## তেপি তেসৱা য়েনবা খুরৌৱা

খোইয়ম তেপি তেসাৱা য়েনবা খুরৌৱা কৌবদি কদৌনোংগীনো । লাহালনোং লংমাই য়াইহৈবগা খাবী য়াইতমবীগা অনিমনা তেনা নৌনারময়ে হায়বগী। খুয়োন তেপিতেসাৱা য়েনবা পাতম খুরৌৱাও তৌনা কৌএ।

***(মোইরাং লৈকোই পুঙ)***

*লংমাই য়াইহৈবা খাবী য়াইতম্বী অনীনা নুংশি নুংওন্নবা লৈমিন্নরম্মী হায়বগী খুয়োন তেপি তেসাৱা য়েনবা পাতম খুরৌৱা কৌখি।*

## তেরাথেন

মোংবা তোরয়মাতি । অতোন নোংয়াই তেরা কৌপানা ৱাকয়ৈ হিৱায় চৎপাতা । তোংচেং মৈনাওন ৱাকয়ৈ লুনাহননা থাংলমএ । অতোন তেরাথেনও থোননৈএ । ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*তোরে অমদি খুমনগী তেরা কৌবনা হি ৱায়বা চৎপদা হিক হিনাউ ওননদুনা থল্লম্মী হায়বগী তেরাথেন খোনখি।*

## তেলহৈ লৌ

নোংচুপ কোংয়াঙ অথৌবা লান্নংলৌ হাওনু পান্দোইনু লৌয়াম্বীনা উৎখা ফামনা হুননা তেলহৈরৌও কৌবদি। মথংলেন হাওরা লাংপোকচা আয়মবগা তাল্লোয় মরুন্বী হাওনু পান্দোইনুগা খাল্লে লৌতাবদা। মথংলেন হাওরা লাংপোকচা আয়ন্বদি হৈতৌমোংখালাতা শানথুপখিয়ে। নোংচুপ কোংয়াঙ অথৌববু হাওরা লাংপোকচা আয়ম্বনা লুরক কাঙদৈথি খৌনাও লোলথোঙ লেনলে। অদুনোংগীবু নোংচুপ কোংয়াঙ অথৌবা লান্নংলৌ হাওনু পান্দোইনু লৌয়াম্বীনা উৎখা ফামনা হুন্না তেলহৈলৌও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*লান্নংলৌ - অৱাবা নংবা লৌ। ফামনা হুননা - ইচাই চাইনা হুনবা। আয়মবগা - পাঙদবগা, মথৌনা লৈতবা। খাল্লে - লৌ। শানথুপখিয়ে - লোৎখিয়ে। লুরক কাঙদৈথি খৌনাও লোলথোঙ লেনলে - মঙক করে।*

*নোংচুপ কোংয়াঙ অথৌবা অৱাবা তাবালৌ হাওনু পান্দোইনু লৌয়াম্বীনা উৎচাইবা মফমবু তেলহৈ লৌ কৌখিবদি। মপুরোইবা হাওরা লাংপোকচা পাঙদবগা মতু হাওনু পান্দোইনুগা লৌশুবদা মপুরোইবা লাংপোকচা পাঙদবদি হৈ পাম্বী মখাদা লোৎহনখি। নোংচুপ কোংয়াং অথৌবনা লাকপদা হাওরা লাংপোকচা পাঙদবনা নোংচুপ কোংয়াঙ অথৌবগী মঙক করে। মরম অদুদগী মফম অদুবু নোংচুপ কোংয়াঙ অথৌবা লান নংবা লৌ হাওনু পান্দোইনু লৌয়াম্বীনা উৎচাইবা মফম তেলহৈ লৌ কৌখি।*

## তেংলৈ লৌশীখোং শীকোং লোলয়ামপাৎ

ৱাংঙমলোন পানথোপীনা কোরৌ নুমিৎমতী হাওরে নোংপোকলা পাংপারম থৌপাল লাইচা ঈপাকথকততি শানতেংয়ে। শংলৌ য়েনপোৎ লীনাইপাপুতি থৌতু নুঙপু ওইনতি শানতেংখিয়ে। লৈকৃ খুতিঙ মিয়েংয়ে হিতেল চংলৈ খুতিঙপু শানতেংয়ে। মশাপি লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চিঙশোমপাতি তমপা মশানৌকি মারা মখোঙ খুনপু লীরকয়ে। ৱাংঙম খোংকুল লীরকপতা অঙৌপা লংমাইনিংথৌ নোংপোক অপানপা মালং হুম ওইপানাতি। কোরৌ মতে য়ামপানে ৱাংপল অওল হকপানিকিনা পানপা কৈয়েকলা নিংথিপাপু শালওল্লে। কৈরেল উমপীশা খোয়মা নাতোলচোংপা অথৌপাপু শালওললকয়ে। তমপা ৱাংঙমলোনতি লাইচা পাশানা ঈঙাঙ খোঙকাওনানা ঈমু ঙমলোননানা ঈৱাং পুমফা লোননা লাইচা ঈপাকথকতা  তোংনা পোমপী চাকতানা চেকলা শাফুনা খরা ঈফুতৈনা য়েনপোৎ হীনোয় ঈনা শানতেংলিঙৈতাপু। অঙৌপা মশাপিনা পামপা মথি নাইনা কৈরেল মরাঙ হওনাতি। ঈমু খুৎপুল চোংনা লাইচা ঈনুংহকপাপু থৌপাল লাইচা ঈয়ায় খায়না শামপা ঈরোই তমনাতি। ঈমু থেখোঙকাওনানাতি পামপা মতুচুংনা কৈরেল মৈপু কানাতি। পামপা মতু নীকনা শারেল মনা য়ুং কৈরেল খোংতুম খোং পামপা লাউতুম লাউনা। কৈরেল মরাঙ হওনা পামপা কৈয়াঙকুইনা খুজিল মোইফাংশাংনতি লাইচা ঈপাকথকতা কৈরেল নোংতংচোংনা ৱাংঙম চঙনা লাককে তৌকুমলাপাতা। তমপা ৱাংঙমলোননা অমাই শালওন য়ামপীনা খাপী মথিনাইনা অমাই মরাঙহৌনাতি। পামপা তাংশকতানা শারেল শেঙকাঙতানা কৈরেল শোঙকীতানা। পামপা মায়োক য়ানা কৈরেল থাফংনানা পামপা ঙকথী লুমলাং কোননা কৈরেল শয়াঙথকতা তোংখৎলে। পামপা  শাথও থোইনাতি তমপা  মরাঙহৌনা ৱাংঙম চুপপু  থোইনা শাথৌববদা।

অঙৌপা অরুপা কৈশাপাসুঙ মালং মথিনাইনা নোংপোক মরাঙ হওনা কোরও নোংখোঙ মতেকমানা মালেম লৈখোঙ কোয়। কোরও নোংতোল পাই লৈরোল নোংলোন অহুম্মপু ফাওনা কোয়রমলাপাকিতমকপু। তমপা কোরও তেংলোয়না রাংপল তেংথানাপীতি খাপী মথিনাই য়োয়পু তোইপী মরাঙহৌনা । শংলৌ লাইচা ঈয়াল য়েনকা তমপা তাঙচা খোঙনন নুঙকা থৌতু খুৎরাইথোং ফাপাকানা। পামপা লুরেল কোকতা য়ৈরাপাপু নুঙলেন মচি নাইপানা শোকলাপাকি পামপা কৈথৌ ঈনা থৌতু নুঙতা পকলে। তমপা রাংঙমলোননা থৌতু ঈপক নুঙপু। লংপা মায়পোমপা ওললও থাঙশাপা নিংথৌ সনা অশিখোইকুমপানা চিঙশেম লম । খোইমোম লাইনা থুপফমতা থৌতু নুঙ অতুপু থনমলে। পামপা খোংতুম খোং কৈরেল লাউতুম লাউরে । পামপা অথৌপা কৈরেল ঙৌয়েকলাপু শিতারে । তেংলৈ লওশীখোং শীকোং লোলয়ামপাৎও কৌয়ে । ***(পাম্থোইপী খোংকুল)***

*শানতেংয়ে - ইরুঙ্জে । য়েনপোং ঈীনাইপাপুতি - মরীচংপা পাম্বীবুদি । লৈকু - অকুংপা ঈশিং লৈবা । মিয়েংয়ে- মমি য়েংই। কাইনৌ চিঙশোমপা - নোংপোক নিংথৌ। রাংঙম - পাম্থোইবীবু খঙনৈ। অঙৌবা ... হুমওইপানাতি - নোংপোক নিংথৌনদি । কোরৌ ... হকপানিকিনা - ওন্নিংবা ওনবনিনা। শালওল্লে - শকফম হোংলে। খোয়মো নাতোল চোংবা - নাপী মতোল লান্না চোংবা । লাইচা পাশানা ... তোংনা - ঈশিংদা ঈরুপ্তুনা ঈরোইদুনা শান্নদুনা । পোমপী ... ঈফুতৈনা - খরা কৌবা উচেক্লা মশা খপুনা ঈশিংদা মচিঞ্জাক থিদুনা। য়েনপোং হীনোয় ঈনা - মনা মশীং নোইবগী ঈশিংনা । শানতেংলিঙেতাপু - ঈরুজরিঙেদবু। ঈমু খুৎপুল ... হকপাপু - ঈচেন কনবা অরুবা ঈশিংবু । কৈরেল মৈপু কানাতি - কৈ মমৈ কাঙখৎনদি । কৈয়াঙ কুইনা - ময়াং শাংদোক্লনা। কৈরেল নোংতংচোংনা - কৈনা চোংদুনা। অমাই - মাইবী । খাপী - মাইবী । তাংশকতানা - থৌশাদনা । শোঙকাঙতানা - কিদনা । থাফংনানা - নকশিন্ননা, কোনশিন্ননা। শংলৌ লাইচা ঈয়াল য়েনকা - ঈশিংদা হৌবা য়েন্না হিজ্বংগা । খোঙনন নুঙকা - খোঙ নন্নবা নুঙ । থৌতু খুৎরাইথোং ফাপাকানা - খুৎপায়ফম চাবা নুঙগনা । য়ৈরববু - ফুরববু।*

## তৈরাং নাকমপোঙ

নোংয়াই উচিরা খোইতোংপান নিংঙোল মিৎলাওচনু খুরা য়োংহোইলৌদা খাল্লে লৌতাবী । নোংয়াই লৈমা অঙনবী আরাই লাইমু মচন হোঙনেমজম নিংঙোনবী । নোংয়াই য়োইগা শকপী খুমন লেমগা থাবী থোমবা ইল্লেন খালবী হুমাই খোকশাংশুবী । পোলবী উরেঙ ফায়াম লৌদা চোইনৌ সনা শেল তেংকোৎপু লুদাথোংনা খাল্লে লৌকুমবী। নোংয়াই থিঙকোল মুবীয়াচানা য়েৎলম চিদাইখোম। হাওচেং লাংমৈনু শাফবীনা ওইরম চিদাইখোমনা খাল্লে লৌতাঙাম্ববু । লাইরেল মৈতেংঙুনা লুরক কাঙতৈথি খৌনাও লোলথোঙলেন তৌথোপ খলথাংনা লাল্লু পোল্লেম হান্না । রাকয়ে মরাঙহৌ তোংজেং মথিনাইনা অরাং লাইনা পাংবরম মরান ওন্দেরকলবদা। নোংয়াই খাথা অদোল লাইথ পুমনাহৌনা লাইরেল মৈতেংঙুবু হুয়েল লালদানখৎলকয়ে। লৈরাই মুংবিথক্তা লেপনা পাওমেল্লকয়ে। লাইরেল মৈতেংঙু হেমদৌ লোইয়ম্বাও। নবেন আরাই লাইমু মচন হোঙনেমজম নিংঙোলবীগী তাংজ লুরেনতোনবু হলরাইবীরমও হায়না তিলমেলববু। লাইরেল মৈতেংঙুনা নাতারে। রাকয়ে অনৌবদুম মরাঙহৌ তোংজেং মথি নাইহৌখিয়ে। ময়িম নোংয়াই খাথনা অদোন লাইথনা লাইরেল মৈতেংঙু হেমদৌ লোইয়ম্বাও। নোংয়াই ইচাকচানা হুইক্রুগুম নাপোপ চাও তিংগোইগুম নারোঙখিরবনো কল্লকয়ে। হয়েং কৌরৌ নুমিৎ মঙানি শুবগা লমলেন য়াওরৌ তৈতুপান তৈরাং নাকমপোঙদা চায়না খোঙফেন্নসে হায়না পাওমেল্লম্লবগা তক্লৌশিদং শোন্না হনরাইখিয়ে হায়দবরা । লাইরেল মৈতেংঙুসুঙ

কংলৈ পুংময়োন্দা তুবি মরাইলাংনা ব্বাইথুংলে । কোরৌ নুমিৎ মগুানি শুরবগা ময়িম নোংয়াই খাথ পুমনা হুপ অদোন লাইথ পাকনা তাইনা। চুংলোং থাকুপহৌ তিমেল হুঙশোনলৈ নোংয়াই মরাঙহৌ অদোন মথিনাইনা । লমলেন য়াওরৌ তৈতুপান্দা লাইরেল মৈতেংঙুবু তেলশিঙখিয়ে। মৈতেংঙু হেমদৌ লোইয়স্বাও লমলেন য়াওরৌ তৈতু পান তৈরাং নাকমপোঙদা কুমলকও। মরোংচুঙফুনা তিমেল তাচায়নসে হায়না থৌশীখিয়ে। মরিম নোংয়াই খুমন্না লাইরেল মৈতেংঙুবু ঙাইখমলিঙে । মৈতেংঙু হেমদৌ লোইয়স্বা তারকপরা অঙৌবা থাঙব্বাই লীকশিঙুচাবু কুমলক্কবরা। খমলাং অশেংখুবা অশেংহনবা লংমাইথেমবা লুকোক ব্বাহেঙশুবু তারক্কবরা হায়না তৈরাংনাগা থৎনা পাদমলময়ে। ময়িম নোংয়াই তেংথানা লাংনাবুদি তৈরাংও কৌয়ে । অদুনোংগীবু তৈরাং নাকমপোঙও থোন্নয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*খুব্রা - য়োং । খাল্লে - লৌ । অঙনবী - মতিক মগুন লৈবী । য়োইগা শকপী - কেনা নৌনা শকফজবী । লেমগা থাবী - ফজবী, নীংথিবী, অরেম্বী । থোম্বা - থোনবা । ইল্লেন খালবী - পে খনবী । হুমাই খোকশাংশুবী - হুমাই মকোক অশাংবা পায়বী । পোলবী - উচেক। উরেঙ ফায়ামলৌদা - উরেঙ কৌবা উচেক য়াম্না ফাবা লৌদা । য়েৎলম চিদাইখোম - য়েৎথংবদা পুখৎলকপা, তকখৎলকপা । লুরক ... লোলথোঙলেন - মঙক ককপা । তৌথোপ - তৌনা শাবা পোল্লাং, থোপ । খলথাংনা - পুদুনা । লাল্লু পোল্লেম হান্না - কোক পোলাংদা হাপ্পা । ব্বাকয়ৈ মরাঙহৌ তোংজেংমথিনাইনা - হি কন্না হোন্দুনা । মরান ওন্দেরকপদা - ময়ুমদা হন্নকপদা । খাথা - খা । লাইথা - অব্বাং। লান্দালখৎলকয়ে - লান্দাল্লকই । মুংবিথক্তা - লৈরাই মথক্তা, লশ্নী মথক্তা। লাইরেন মৈতেংঙু হেমদৌ লোইয়ম্বা - মৈতৈ নিংথৌ ইব্রাম্বাবা (খৃ: ১১৬৩ - ১১৯৫) " মহাকথক্তা উচিব্রাদা খুমনগা লান শোক্লে। খুমনগী মহারানী লৌকুম্বা য়েংববু হাত্তুনা পুরকএ । অদুগী নুংঙাইতবনা খুমন মখৈ য়াওরৌরোমদা লান কারকএ । মৈতৈ পুন্নমক্কা শোকনৈএ ঙমএ ।" (চৈথারোল কুম্বাবা)। ইচাক চানা - চাক্তাংদুনা, ঐগী চাক চাদুনা। হুইক্রেঙুম ... নারোঙখিরবনে - হুইক্র কৌবা নাপীনা মপোক মতাং চাওবঙুম তিংগোইনাপীনা মনা লোঙদুনা মতাং চৎপঙুম। কল্লকয়ে - পাম্মুইয়ে । মরাই লাংনা - মমায় পাক্লা। ব্বাইথুংলে - য়ৌরে, থুংলে । তেলশিঙখিয়ে - শীঙনখিয়ে।*

## তোইপী সোইপাই লানথেল্লম

কৌপারেন চনু তোইপী সোইপাই লানথেমপীকা খোয়নৌ মতা খোইনাইব্রোমপু চনুকা লৈরি থোমপা চনু খোয়নৌ লাইপী কৌপিকা খাল্লে লৌরংচৈএ । লব্বাই কামুখোকপু তাঙচা লুতা থোংনা সেনতা খাল্লে নাতৈনানা লৌরী নাতৈসেমনা খাল্লে লৌতাখিএ । খুমন অয়াঙ হুমফুমাথোইমানা খোয়মা নারোন্নুংতা হুয়েল লাললুমপাপু চেংলৌ মিৎথিৎলুরাপাকী। তরা চামনথোংতা চাপুম মরাং নোংসিৎ চয়রোয়নানা ব্বাপা খোল্লোইনাপাপু । মোমনু সনা চিনপান থাংচপননা পায়মা নিংসা থিংকামনানা মোইকাই খোলব্রোনখিএ । তোইপী সোইপাই লানথেমপীনা সংলৌ চেনলৌ তংলমএ । লেমলৈ ঙাতেকমাসুং চারকতে পায়মা নিঙসৌনানা মালং নিনসু নাতাপীনে করিব্রানোকো। মোমনু তাঙচা য়িকাইএ হুইয়াই সেনকোইএ। তেংকোক য়িখুৎ সুনা থোকমিংলা য়িনপাক য়িরুতুপ নঙনা থোকসিংলা মোমনু খাঙপা য়িনমখাঙ নঙনপু থোকসিংলা হায়না পাউমেনপাপু । নোংয়াই হুয়েল লাল্লুমপাপু অয়াং হুমফুমাথোইমানা ব্বুনপি পুকনিং ঙাকঙমতানা নোকথোকলকলাপাকী। কৌপরেন চনুকা খোইনাই ব্রোমপু চনুকা থব্রাই মিরেন খং সনা তেংকোক খুৎপায়থা অচেল খংলৈ য়াঙনা হুয়েল লানচেললকলে । নোংয়াই লানথিপা পুন্নমানা হুয়েল লানতাললকএ । খুমন তোনপা অথৌপাতি মতোম

খোঙকাপ নৌরৈমাপু হেননা অচেন খংলৈ য়াঙলকলে । তরেৎ লৌসেনতা সেনতা য়িব্রাইকোনপু নাতৈনরকলাপাতা। তোইপী সোইপাই লানথেমপীনা পাউমেললকএ । কেকে য়িপলঙাই ঙাংঙোই য়িতুঙাইসিংব্রো উচুং লাংয়াহৌনা খোয়মা মরাঙনা খোঙলেঙপিকুনো নোংয়াই লানপামপাতি হুয়েল লানতাললকএ । খুমন তোনপা অথৌপাতি মতোম খোঙকাপ নৌরৈমাপু হেননা অচেল খংলৈ য়াঙলকলে। তরেৎ লৌসেনতা সেনতা য়িব্রাইকোনপু নাতৈনরক লাপাতা। তোইপী সোইপাই লানথেমপীনা পাউমেললকএ । কেকে য়িপলঙাই ঙাংঙোই য়িতুঙাইসিংব্রো উচুং লাংয়াহৌনা খোয়মা মরাঙনা খোঙলেঙপিকুনো নোংয়াই লানপামপাতি হুয়েল লানতাললকএ । খুমন তোনপা অথৌপাতি মতোম খোঙকাপ নৌরৈমাপু হেননা হুয়েল লানতাললকলাপনে। অতুতি হুয়েল লানতোমপোকনে হাননা হুয়েল লানতুপিকুনো নোংয়াই নিঙতেনখিরকানে । লানফম অহৌ কাইহৌপিকুনো হায়না হুয়েল লানপাউ চেললমএ হায়তাপারা । কেকে অথৌলিচা হেল্লা পুমনামানা নোংয়াই লানপু মাপু থিংলৌ তুকুমপাপু পনচললে ব্রোকলেন তুকুমপাপু পনকোয়রে। নোংয়াই সিফা নিকনা হুয়েন লানতুরে খুমন তোনপা অথৌপাপু কায়না হুনলে। অতুনোংকিপু কৌপারেন চনু তোইপী সোইপাই লানথেমপী লানথেমলম খুমন তোনপা লানসীব্রাইব্রো তৌনা কৌএ । *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## তোকচা পুঙ

মোংবা মদাইমদি । লানলোই তোকচাপুংও কৌবদি । মৈতেংঙু অতোম য়োইরেনববু। নোংয়াই লয়কোইপুংদা নোংমনববু। লাইরেল মশানৌ হেমতৌ লোইয়মবনা মসাবীবু সীকোয় লুরাংবিগে খোইরোই মিতমবিগে হায়না। নোংয়াই লয়কোয়পুংদগী তাঙজা লুরেনতোন লৌরুও থৌসিঙেগী। মদাইরেম তোকচা কৌবনা লাইরেন অতোম য়োইরেম্বগী তাঙজা লুরেনতোনবু থারে লুথাও । তাঙজা লুরেনতোনবু কৎলে তাঙজা লুকৎপুংও থোননৈএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*তুরেল মতাই অমবু তোকচাপুঙ থোনখিবদি। মৈতৈনিংথৌ অতোম য়োইরেনবা (খৃ: ১১৫০ - ১১৬৩) না খুমন লৈবাক্তা শিরবদা মনাও হেমদৌ লোইয়ম্বনা অশিবগী থৌরমগা লোয়ননা কোক্কী লৈতেং শেম্লবা খুমন্দগী ময়াম্বগী কোক লৌরুনবা থাখি । মনাই তোকচা কৌবনা অতোম য়োইরেম্বগী কোক লৌরুদুনা কৎলে। মরম অদুদগী মফম অদুবু তোকচাপুঙ কৌখি । চৈথারোন কুম্বাবদা - " শকাব্দ ১০৭২ দা মৈদিংঙু অতোম য়োইরেম্বনা নিংথৌ ওইএ । মনাওনা তাম্বোক্তুনা খুমন্দা চেনখিএ। চহি ১৩ পাল্লমএ ।"*

## তোকতাক

পলেম মমা কাইরংবসু লিনগোইগী খুরায় ঙারেন পাম্বগা পলেম মমা মেন্দে লুখ্রাবী লিনগোইগী নোংয়ায় তোংবু অথৌবগা। কাওরেল লাইথেংনা মানবী চীয়েনা খোকলাং পমশীংনা তিমেন তা চায়নবদি । নোংয়ায় তোংবু লুখ্রাচাগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি খুরায় ঙারেন পাম্বদি অচোং কন্না মাংলৌতুরৌতুরে। খুরায় ঙারেন পাম্বগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি নোংয়ায় তোম্বু লুখ্রাচাদি অনোন কন্না মনম চেগাইরমশানা ফেনতোকলে। খুরায় ঙারেন পাম্বা শিগবরা শিদখিয়ে। নোংয়ায় তোংবু লুখ্রাচাবু মনগবরা মন্দখিয়ে । নোংয়ায় তোংবু লুখ্রাচানা পাওমেল্লকয়ে। পাথৌ পোইরৈ খুরায় ঙারেন পাম্বা নঙসুঙ অথৌলিচা হেল্লা নহাকনে । নোংয়ায় ঐসুঙ হাওয়েন ইমৈখৈবা য়াংগোই ঈতোন ঙাকপা মহাকনে । পাথৌই বিঙাবু লমকেৎপা মশেন্নে। তনবা কোল্লোয় ইমিংথোং পাথৌ কোল্লোয় নমিংথোংবু হয়েং চাদোন্না কাউ শুদোন্না নিল্লগনে । লমলেন মদাইমা অসিবু পাথৌ ইবিংঙানা তোক্লবগী তোকতাকও কৌসে হায়না মিংথোংখিয়ে। *(চায়নরোল )*

## তোক্নীংমাঙ

ব্লাইকোপা লৌ চানমবা লৌ সীঙকন নোংফাইয়ৈনা ওকলেন মহি সেকচুমগে সেকচুমফদবা লৌ । লাইরেল মহি সেকয়াগে সেকয়াফদবা লৌ । মদাইরেম হাওয়াংবা য়াংবকোই মীখুনচা অতেংবা চাকলীক খোয়দামল লীকলাং চোমফামলগীবু উপোঙ চাসোইদববু চাকসোয়য়ে। থাঙয়ি মরোং সামদববু থাঙয়ি মরোং সাময়ে। লোইমোম ফৌরিক কেন্দববু লোইমোম ফৌরিক কেনয়ে হায়না ব্লাতাথিখিয়ে। মদাইরেম হাওয়াংবা য়াংবকোইবু লাইজ ঈরোন্নুংদা কাপতু লৈখে লেংনা নোংমলহাল্লবগীবু । মদাইরেম হাওয়াংব য়াংবকোই মীখুনচা অতেংবা চাকলীক খোয়দামল লীক্লাং চোমফামলবু তোকনা মাঙলে । লমলেন তোকনীংমাঙ থোন্নায়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*হাওয়াংবা য়াংবকোই - মৈতৈ নিংথৌ নাওথিংখোংগী মনাইনি । তোকনা মাঙলে - শিরে, করিশু কান্নদরে।*

## তোননুসু খোং

মোংপা মতাইমাতি । অতোন নোংয়াই খুমন লৈমা থিংলাই তোননুসুনা খোংমা তৌরমএ । থিংলাই তোননুসু খোংও কৌএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## তোমফাং

কবো মখনমদি চীংখোঙ পোইরৈতোন্না । শেনবী মুতুম মুনা তুমঙম্বা কবো ব্লাউদুম ব্লাউনা লৈঙম্বনা উগনে হায়না । খোয়মা নারোন্নুংদা লেকলম্ববু। কৌবা চীংনুং শোইরবগা মতোম ফোংফোঙ হনব্লাইরকএ । অদুনোংগীবু তোমফাংও থোন্নেএ । *(পোইরৈতোন খুম্মোক)*

*খোয়মা নারোন্নুংদা লেক্লম্ববু - নাপীলক্তা য়ারেকলম্ববু । কৌবা চীংনুং শোইরবগা - নোংঙাল্লবগা । মতোম ফোঙ ফোঙ হনব্লাইরকএ - মতোমতা ঈফোং ফোংনা হল্লকই ।*

## তোরবুং

(১) লমলেন মদাইমদি কেগে তোরবুং মোইরাং তোরফাইও কৌবদি কদৌনোংগীনো । লাহাল হায়িঙৈদা হাওনু তাইতেল মরৈমাবী লীককোল চাতরা শিবী মোইরিক নাসিনবী তালচেপ খাকব্লাইনাপীকা মপারি সমু নমদা পোবীগা অনিমা ফাইনা ফারে হায়বগীবু । কেগেনা মীকৌনা মোইরাংনা তেংথাবদি অঙাংবু তোরোও কৌয়ে। অঙাং তোরো অমা ফারে হায়বগী কেগে তোরবুং মোইরাং তোরফাইও তৌনা কৌয়ে।

*(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

*লমদম অমবু কেগে তোরবুং মোইরাং তোরফাই কৌবদি করিদগীনো। থায়না হাওনু তাইতেল লৈমা লীক্কোল পরেং শিবী মোইরিক নাদ য়ানবী তালচেপ খাকব্লাইনবীনা মচানিপা পোদুনা লাকপদা মমাগা মচাগা অনীমক ফাইনা ফারে হায়বগীবু কেগে মোইরাংনা তেংথানবদি অঙাংবু তোরো কৌই । অঙাং তোরো অমা ফারে হায়বগী কেগে তোরবুং মোইরাং তোরফাই কৌখি ।*

(২) লমলেন তোরবুং লম্মহনপু কতৌনোংকী কৌপানো। কেকে কুরাউপা সাকোনয়াঙনা চানা কোংতিং

থেংঙেতা । হুয়েল লাননিকীতি চানা কোংতিং মরয়মাপীকা । মোইপুং পোংতম সিপী তাইতন মরয়মাপী লিককোল চানতালে ঙাংথোমপীকা । হুয়েল লানপুম অনিমাপু কায়না হুললকএ । লোইপী মিংকৌনা মারেমনা ৱাহায়নানা অঙাং নাৱা অখুপাপু তোরোও কৌএ । লালুপুসুং তোরোৱো কৌএ। লালু তোরা অনিমাপু লোংনা ফৈনা ফারকএ । অতুনোংকীপু খুনপী তোরোফাই লমলেন তোরাপুংও তৌনা কৌয়ে।

*(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## তোলপুং মুৱাও

নয়ুৱা চীংখোঙ পোইরৈতোনগা খুনুং ঙানপা মপুনিংথৌ চনুগা সেনবী নাদবা কবো শিদববু খুম্ভিরকপগী অৱা পোখাবদা । মশানৌগী ফৈরা মতমপাক্তা তোংনা তুমলময়ে। অদুনোংগীবু তোলপুংও কৌয়ে । ময়িম সেনবী কবোনা তুমলম্ববু মুনা মুনা য়েংলময়ে। অদুনোংগীবু মুৱাও-ও কৌয়ে । *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## তোলসেল

হেমপা মাতাইমাতী তোলসেলও কৌবদি । চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীঙপুরোয় লাংৱোললকপতা । য়ীতৈ লৈমাও য়ীপীঙঙানা লোইপী শিতাপাপু খুনথিরকপাতী। হেমপা মাতাইমা অসিপু করমনা সোয়রমপানো হায়না শোল্লময়ে। অতুনোংকী তোলসেল ও তৌনা কৌয়ে। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

## তোলোং লমপাক

চীংখোং পোইরৈতোন্না চফু ইৱাল খাবে চেকপ লোংনা ফৈনা থনমলে । অদুনোংগী তোলোং লমপাক ও কৌএ । *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

## তোংজিং শারুপৈ

লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবগা মশানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাংগা মোংবা শায়া কোৎচংনবা। য়াওরৌ লাবা খুমনবু য়াংদৌ শারম লীসে হায়না ৱাইরা শাদাল্লকপদা য়াওরৌ ফমহৌশাবু লমওক্লরে । লাইরেল ঙাংঙোই য়োয়মোংবনা য়াওরৌ তুংইন্না তান্নরকপদা । য়াওরৌফমহৌশাদি অৱাং লাইনা পাংনা চেনখৎলকয়ে। চীংঙু শিদবা খোইমোম নাদবা চীংঙু নামুংববু কোইনা কোইনা লৈরুরে । খোইমোম শিদবনা পাওমেনঙাময়ে। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবাও য়াওরৌ নংগী ফমহৌশা অসিনা খোইমোম ঐবু কোইরুরে তিমেন নখুৎশুবু চৈরৎও। চীংঙু ঐনা য়াওরৌ শাশিং চামাশুনা লনকু বীগে হায়দবরা । ঙাংঙোই য়োইমোংবনা খোইমোম কোলোই ময়াথংগী লাবা খোক্লাং মশোল্লম্বু চৈরৎলবদা। য়াওরৌ শাশিং চামাশুনা লনকুবীরে। য়াওরৌ শাদোংচিংনা লেপলে তোংজিংও কৌয়ে। মরু ময়াংদি পৈনা থন্নময়ে শারুপৈও থোন্নেয়ে। *(তুতেংলোন)*

## তোংনানবী পাউচেনথোং

হাউতংলা তোংনানপী পাউচেনথোংপু তোংনানবী পাউচেন থোংৱো কৌপাতি কতৌনোংকিনো । নোংয়াই তয়ম লাইপকথীপী সিঙচা ৱাইকোইপী য়েললাং থৌচৎপী সিংনা । য়োইময়াই তাউতনপাপু থেনকারকলে য়িমান য়াইথিং চাউপাপু লাকপারা হায়না তিংনা চীংঙু নোংতম য়েংনা ঙাইখমলময়ে। অতুনোংকিপু হাওতংলা

তোংনামগী পাউচেনথোং মমান মচা য়াইথিং চাউপাপু লেপনা নোংহামথোংব্রো তৌনা কৌয়ে।

*(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## তোংসা

কবো মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংবুরোই লাংওল্লকপাদা। ময়িম শেনবী কবোনা লাবুদি তোংও কৌয়ে। ময়িম শেনবী কবোনা চাংলৌ লাকোল শানা পিঙামএ । অদুনোংগীবু তোংসাও তৌনা কৌয়ে ।

*(পোইরৈতোন খুন্থোক)*

## তোংহু

কবো মখনমদি চীংখোঙ পোইরৈতোননা য়োৎপী চৈশু মথৌকুম পলেম মমা লাইকোইথোংবু খুয়াথাওবী মব্রাকচামনা । নোংপোক মখৈফংনা শেনবীশিদববু খুনথিরকপদা। চংবী লারাক শেৎ, পুনুং লাসম ফুহাইনরকএ । শেনবী মীকৌনা লাবু তোংও কৌএ। অদুনোংগীবু তোংহুও তৌনা কৌএ ।

*(পোইরৈতোল খুন্থোক)*

*য়োৎপী চৈশু মথৌকুম - য়োংকী চৈশু তুমশিল্লকপা । পলেম মমা লাইকোইথোংবু - পোকপদগী য়াওরক্লবা । খুয়া থাওবী মব্রাকচামনা - খোঙ খুয়া তুমশিননা। চংবী লারাক শেৎ-লফু চংবীগী লা শেত্তুনা। পুনুং লাসম ফুহাইনরকএ - সমদা পুরকই ।*

## তৌপুন

(১) লমলেন মদাইমদি তৌপুনও কৌবদি কদৌনোংগীনো । লুব্রাং নাহা য়াওসুতালবনা য়াওরৌ সাপললোক চকমোম ঙমখায়তানলকপদা। য়াওরৌ সাঙাই লামগীসাবু লাংবল সাতৌরেল তৌরেল লাংখমপাপু । তৌরেল পোপতেক লৈনা পুল্লময়ে হায়বগীবু সাপুল ও কৌববু পোইরৈতাফাথিবনা তৌপুন ও তৌনা কৌয়ে ।

*(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

*তৌপুন থোনখিবগী ব্রারী লমদাং অসি অমোম খোঙনাং সিংহ খোংজোম পর্বব শকপা ওজানা লৈরোনগী মনুংদা হাওরৈবু অসুম্না তেংথাই । মদুদি - “ কেগে লৌব্রাই লৌথোংতা, তাওথোং লৌরেনবা শিন্দাং চিংফুলৌ, য়ারৌ শঙাই কোংয়েংলৌ, তিংঙিনা ইফুলৌ খারা ইতালৌ , খোইবা চিংলাংলেন খোইদুম্বা লোকনুমসুম; মোইরাং খাবা হুইথৌবগী খালৈ লৌদা শিঙেন শাংপা লৈনি । মোইরাং খাবা হুইথৌব মতারোই অনী লোল্লি। পাখংগী তালোই অহন্না লৈয়েংহনবী কৌই । পাখংগী তালোই অতোম্বীনা লৈয়েংখুবী কৌই। কেগে খাবা হুইথৌবনা শানৌ নচিন ননাওদি পাখং ঐগী খালৈ লৌদা লৌতারম্মু। মোইরাং খাবা হুইথৌবা ঐগী চীংগী পামলৌ অচৌবা, ওকলেন লাবা খরাওবনা পান্নাউ শিংনাউ তাবা ঙমদ্রে হায়না তারে। মালংবগা চৈরোইননা ওকলেন খুমন হল্লুগে য়াংদৌ শারম লীকগে । ইশানৌ ও ; নচিন ননাওদি খালৈ লৌতারম্মুকো। কোলোয় অসি হায়রগা মোইরাং খাবা হুইথৌবা, তেন্দোং নমদা পো, লীকং খুত্তা পায়, তাঙ্কম য়াদা চীক ওকলেন খুমন হনখিদো য়াংদৌ শারম লীখিদো । অথৌবা হৈনা মতুংদা শানৌ মচিন মনাওদি খালৈ লৌতাবা কুম্মকই। লৈয়েংহনবী মচেমদি ফীমু খ্বাংচেৎ মচিনাই, হাওশম নমদা পো, ফৈজা পোপতেক লোন হৈয়ম কোলোই শোন্দুনা খালৈ লৌতাবা হৌরে। মশানৌ লৈয়েংখুবী অতোম্বী খালৈ লৌতাবা লাকপবু মশাবী খাবা*

*হুইখৌবগী খালে লৌচিদা লৈরাং পোম্লোম শাংলক্মী। লৈয়েংখুবী অতোম্বী, শিঙেন ও । ইতাইরোই, লৈরাং নগুবু উবদি পাইমা পুকনিং খোইরাংই । লৈয়েংখুবী অতোম্বী ঐনা পারী শাংত্রিউঙে, ইমোম লাংলেন ফুইদ্রিউঙে, শিঙেন লৈরাং নহাকপু মোনুগী নাপথক্তা চিনগে হায়দুনা, লৈরাংগী লৈতোন থত্তুনা মোনু নাপথক্তা চিনববু, মচেম লৈয়েংহনবী মনাক্তা মশানৌনা চংগুকপবু, মশানৌগী চেংলৌ শকনা হেনবগা লৈরাংগী লৈচুনা ফজবগা শক্তা লৈগা চান্নরে । লৈয়েংহনবী মচেম্না শানৌগী চেংলৌ উরগা নুপা খম্বন ব্রা নোঙ্গ্লেন ফীখা থাবা ব্রাবু হায়রগে খল্লকই । খোইনৌ মচিন মনাওদি হয়ম কোলোই শোন্দুনা নুরা খাংদি পোল হাইনা, য়োংলৈ খুত্তা পায়দুনা হারৌ তেংমাই কাংলেদো । কেগে মোইরাং খাবা হুইখৌবা, চীংগী পামলৌ অচৌবা, ওকলেন খুমন হন য়াংদৌ শারম লীববু ওকলেন খুমন ফংদ্রে, য়াংদৌ শারম মাংঙে মশানৌ অনীগী নাক্তা কেগে খাবা হুইখৌবা চংশিল্লকই । লৈয়েংহনবী মচেমনা নুপা খম্বন ব্রা নোঙ্গ্লেন ফীখা থাবা ব্রাবু হৌদোক ইশাবী ও ! তাবীয়ু , অখৌবা হৈনা মতুংদা ; ইশানৌ লৈয়েংখুবী অতোম্বী কেগে ঙাংলৌ মোইরাং পাখংগী মেলৌ খুদোনবু চিল্লিবনি। য়েংজহৌনে অঙম্বা । লৈয়েংহনবীগী ব্রা তাবদা, মোইরাং খাবা হুইখৌবনা, মশানৌ লৈয়েংখুবী অতোম্বীবু মিংয়েং শাংখৈববু , মোনুগী নাপথক্তা লৈরাং ঙাংনা চীনবদু নুপী ব্রাবু চানরে খম্বন ব্রাবু ফোংদোকলে । ইশানৌ লৈয়েংখুবী অতোম্বী, পাখং ঐগী হৈনা ইতুংদা , কেগে মোইরাং ঙাংলৌ পাখংগী মেলৌ খুদোন চিনবদি, নুজ্জা পুকনিং লোংবরা ! মোনু খোংথাং শোইবরা ? ব্রাইরা ঈশরুক ওইরগে হুইয়েল ইরাল ওইরগে হায়দুনা লীরুং খুদুম চেংনা পায়, নমদা পোবা তেন্দোংগী তৌঞ্জে শংলে হায়রগা লীরি থম্মোই তিং, লকা চিন্দোল লাকতুনা মশানৌ লৈয়েংখুবী অতোম্বী, চৈবীরে। লৈয়েংখুবী অতোম্বী, নুংশি নুংঙন ব্রানা মিংতগী পীরাং শিন্থরে । ইশাবীও ! করি ওইবগে ইচে ইবেম্মা লৈয়েংহনবীগী পুকথিন খোনবু লৌরবা, মোনু লাইবক থীবিদি কেগে মোইরাং পাখং ঙাংলৌ কনাগী মেলৌ খুদোল চিনবা নংচদেনে । ইশাবী নগুগী খালে লৌ, লৌয়ান কৈরোল শাবা শেল্লোই পীরেন মথক্তা, লৈরাং ঙাংনা শাংলিবসিবু ইশাবী ও ! য়েংবীয়ুনে । মিংতগী পীরাং শিন্থনা, পারী শাংপা ঙমদনা ইমোম ফুইবা ঙমদনা মশাবীগী লীরি খুজুনা চৈবিবদা মোনু লাইবক থীবিদো লৈরাং লৈরিক শামখরে। ইঙাংলক্তগী শিন্থরক ঈখুলক্তগী লাইথরক মোনু য়াইবী মাংখরে । মোইরাং খাবা হুইখৌবনা শিঙেন শাংপরা য়েংখিববু। শেল্লোই পীরেমগী মথক্তা লৈরাং ঙাংনা শাংপদো খাবা হুইখৌবানা উরুবগী খুৎতগী লীরুং থাথরে । লৈরাং লৈখোংদা পায়রগা , শিঙেন লৈরাং নহাক্তি লৈরাং লৈপান য়েংবদি ইশানৌ ইনেম মচা লৈয়েংখুবী অতোম্বীগী খুবোম চংলৈ মানবা লৈ, লৈরাংগী লৈনা তাবদি কাওরেল শল্লে মানবা লৈ, লৈরাং নগুগী মচুদি শিঙেন অঙাংবা লৈনিদো । ঙসি কোরৌ অসিগী শিঙেন নাওব্রা মখোইরেল লৈরাং নংগী কোলোয়দি, লৈয়েংহনবী মচেমগী নুপা খম্বন লৈ, নোঙ্গ্লেন ফীখা থাবা লৈ। নশানৌ ননেম মচা লৈয়েংখুবী অতোম্বীগী য়াইবী থব্রায় মাংনরৈ । লোইবী চীংগী হাও পাখংনা লৈরাং পামনা থাবা লৈ ঙাংনা ফবা লৈরাংনি । শিঙেন নাওব্রা মখোয়রেন ইমা লোয়দামলৈ লোইদাম নব্রা লৈনুংশি হাওবা মিংথাং লৌদুনা হাওরৈ কৌবা লৈ ।”*

(২) তৌপুনব্রো কৌপাতি কদৌনোংকিনো। খুয়োল খমপা লায়রপাকা মলুম লায়েং হনপীকা লাইয়েংখুপীকা খানলৈ লৌতাপাতা । মলুম লায়েংহনপীনা পাউথিনখিয়ে। থংলেন খমপা লায়রাপাব্রো নলুম নঙকী অপামপী লাইয়েংখুপী অতোনপীনা মোমনু লব্রাই হৌতরিপীপু চুপা ঙাইথিংলাকনা থেৎপাপু। পাখং লেংমান সানাঙম নুরা মানচা মনিন নাইপানা সিঙলেন লোননাপী নুরা সাফাংনৈয়ে হায়না পাউথি থোকলাপাতা। খুয়োন খমপা লায়রাপাতি য়াইপী মনুংহৌ তিলাং মখোয় সাউনা মলুম লাইয়েংখুপীপু লীরুংমখুৎসুনা চয়পিরাপাতা । মলুম

লাইয়েংখুপীতি হয়রাং মচায়ান তাউচিং মরু পল্লপাপু। লোইতাম য়াব্রা থাসুরাপাকী লৌরী পনতাইনুংতা তন্না কুমনা খাঙতেকননা নোংমললে। মরুম লাইয়েংখুপীতি সোয়খোং তাইথেৎতা মনুং খোঙকা পরয় তাপানিকীনা। খুয়োল খমপা লায়রপাপু কোরৌ নোংনা য়েং মালেম লৈনা খঙলমখিয়ে। খুয়োল খমপা লায়রাপানা য়াওরৌ সাতান নোংকী খামপী মৈসা তানপাতা মানলৌ মাকি খুতৈফিপু মালং মথিনাই খমকোন মরাং হৌপানা হুমথোকখিরাপাপু চৈরৈ লমফংতাখিয়ে। নোংয়াই থিংকোল খুপানা লোকতাক ঙাতালমপাকী তোংচেং হিরুথকতা খুতে ফৈনা তারুরে। খুয়োল খমপা লায়রাপাতি চৈরৈ ফিরম য়িননা য়িনতাললকপাপু। নোংয়াই থিংকোল খুপানা সমু তুংপুননানা পরয় লানকাসা তৌরেন খাইপোক লৌনা পুললময়ে। অতুনোংকি তৌপুল কৌপাপু পোইরৈ তাফাথিপানা তৌপুলরো থোন্নেয়ে। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*তৌপুন কৌখিবদি করিদগীনো। খুয়োল খমবা লাইরবনা লাইয়েংহনবী নুপী অহনগা লাইয়েংখুবী অতোম্বীগা লৌ শুবদা লাইয়েংহনবীনা ওইদবনা অওই শাদুনা অতোনবী লাইয়েংখুবীগী মরমদা মপুরোইবদা অসুম্না হায়জিল্লম্মী - "ইবুঙোনা লুনা চান্না তৌজরিবী লাইয়েংখুবীগী চুবাদা থেৎলিবা লৈরাং অসি লমলানবা পাখংগী খুদোন লৈনি।" ম্রাহৈ অসি তাবদা খুয়োন খম্বা লাইরবা শাওমনখিবনা খুদক্তা লাইয়েংখুবীবু তেন্না কাপথুরে। মীরোনবা থাশীং শুবরুবী লাইয়েংখুবী তেনগী চৈনা খাংওমদনা লৌরী মোনখাংনা খাংড্রুথক্তা শিরে। লানজদবী নুপীবু হাংলুবগী খুয়োল খম্বা লাইরববু, কোরৌ মালেমদা লৈরিবা লাই পুম্নমকতি, চৈরাক ম্রায়েন্নবগী খঙহৌ উহৌরে। মতম খরগীতুং নোংমগী নুমিং অমদা খুয়োল খম্বা লাইরবা শা তানবা চৎলম্মী। নুংশালক্তা অরা শদৌথোংনা শাদাল্লকপদা খঙহৌদনা লাকপা অকনবা নোংলৈ নুংশিংনা খম্বা লাইরবগী খুদৈ ফি হুমদুনা পুখরে। অঙকপা অকিবগা লোয়ননা খুদৈ ফংনবা তান্নরক্লে। মমৈদদি নুংশিংকা ইরোয়ননা পাইরক্লিবা খুদৈ অদু, লোক্তাক্তা ঙা থিরিবা খুমন থিংকোলখুবগী হিথক্তা তাশিনখরে। খুয়োন খম্বা লাইরবনা খুদৈ লৌগে চঙশিল্লবদা ফাদুনা ফুবা য়াবা ফুরে। মদুনসু পেন্দ্রদুনা তৌ-তংখায় লৌদুনা চেনখিদনবা মখুৎ তুংপুন্ননা থম্লে। মরম অদুদগী খুমন থিংকোন খুবনা, খুয়োন খম্বা লাইরববু তৌনা মখুৎ তুংপুন্নবা লমনি হায়বদগী মফম অদুবু তৌপুন কৌনখি।*

## তৌসাং

তৌসাংও কৌবদি কবুই হেম্বা লোইরেম্বগা হাওচেং নুংবুচাগা অনিমনা। কবুই ঐগী ইরমখৈ হেম্বা ইসাইকোন্নে হায়না থৌদু নুংবু তৌও কৌয়ে। অকুইববু সাং ও কৌয়ে। অদুনোংগীবু তৌসাং ও কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## থমনুং

থমনোং ও কৌবদি কদৌনোংগীনো । খোইমোম সমপুম মহারাবা চীঙব্রাং নোংমাবা নোংপোক সেম্লুফম্বা লাইয়িংথৌগা চীংঙু খমচীঙকোল লাইরেল চীঙয়া ফৈথিংবা লৈনুং লোঞ্জা অরিবগা অনিমক্লা মালেম লৈকনয়ান চীঙলেন নুংকনতৌ থৌদু নুংসাংফম্মা লময়েনঙমএ । অদুনোংগী ময়িম লোইবী মনিল নাইবনা ফমনুংও কৌববু পোইরৈতা ফাথিবনা থমনুং ও তৌনা কৌএ । *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*থমনোং কৌবদি লাইনিংথৌ সমপুম মহারাবা নোংপোক মায়কৈদা লৈবগা লাইনিংথৌ খমচীঙকোন চীংয়াদা পন ফৈনা থিংবা লৈনুংলোঞ্জা অরিবা অনীমক্লা চীংগী লৈপাক নুংজাও তৌরগা অশাংবা নুংদা ফমদুনা লময়েন্নরম্মী। মরম অদুদগী চীংমী মীয়ামনা ফমনুং কৌববু মৈতৈ শৈথাবশিংনা থমনুং কৌখি ।*

## থমপোংপা ঈরেন

হিথেল মতাইমাতি । মপল য়াইবী লৈমাচা লেরা নিংথৌ থমপোংপানা লেমলৈ ঙাতাপাতা । ব্রাকয়ৈ মখুনেৎপু তোংচেং মৈনা ওননা থাংলমএ । থমপোংপা য়িরেনও থোননৈএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## থম্বান নোংশারৌ

নিংথৌ মুংয়াংচাউবা ঈফা ব্রাইথংনেনবনা ঙাইতে পনমরুদা লাইজা ঈয়োককোমবু শেমনা ঈয়োকয়ে। ইনুংশোয়য়ায়মদা সোরারেনগী মমোম লাইরুবা তরেৎমনা লাইজা ঈফু শান্নববু নিংথৌ মুংয়াংচাউবনা চরৈ ফিমুনখিয়ে। খোইমোম লাইরুবা তরেৎমনা ইনুং শোয়বনা হাল্লগনে ইপা সোরারেনগী লাইরৈবাক্তা কারগে চরৈ ফি পীও হায়ববু । নিংথৌ মুংয়াংচাউবনা পাউমেল্লকয়ে। চরৈ ফি পীও হায়রবদি নশানৌ লৈরাং অতোনবীবু পীরম্মো হায়খিয়ে। লৈরাং অতোনবীও চরৈ ফি শেৎতনা নোংদা করম কাশিবনো হায়না কপ্লম্মে। লাইরুবা তরুকমনা মশানৌবু লাক্কবরা হায়না হন্না হন্না য়েংলম্মে। হয়িঙৈদা হন্না য়েংববুদি তেবা ও কৌই । ঙাইতেও থোন্নেয়ে। লাইজা শান্দেংবদা থৌদু নুংনা শমু মখোঙ নল্লম্মে নুংনন খুবীপোক চেগায় লৈয়াথৌ কৌয়ে। চরৈ ফি শেৎতনা অসাই কাঙৈগী থম্বান নোংশারৌ কৌয়ে। *(চায়নরোন)*

## থমলান

লমলেন হয়রেম লৌথমলানবু থমলান লমনুংসিব্রো কৌপাতি কতৌনোংকিনো । হয়রেম অরাই সংলৌ য়েনপুম নিংথৌ চনুকা । নোংয়াই খোইনাই ওমপা অতোল ঙাইখোমপা সরীকতাউফাপা চনুকা। খোয়নৌ মতা অনিমানা লেমলৈ ঙাতাপাতা পাউমেলনাখিএ । খোয়নৌয়িতা হয়রেম অরাই সংলৌ য়েনপুমনিংথৌ চনুব্রো । খোয়নৌ নঙতি লেমলৈ করিকুমপা ঙাপু হৈরৌপানো পাউহংপাপু । হে খোয়নৌ য়িতাব্রো ঐতি ব্রাংঙুরোন সমফাপি লয়তাঙ কৌপীসম সমলাংনা পরয়নাপা লেমলৈপু অমরক চিংলাপাতি অনি অহুম লাকপা ঙা সমন লাংথালৈ ঙাচিং লোইনাইপু ফাইএ । খোয়নৌ য়িতা নঙতি করি ঙাপু ফাপানো হায়না পাওহংপাপু । খোয়নৌ য়িতাব্রো ঐতি লেমলৈ ঙাতেল তেনমৈলোঙ তেনলোং সমফাপীপু ফাইএ হায়না পাউখুমলাপাতা । হয়রেম অরাই সংলৌপী য়েনপুম নিংথৌ চনুনা । খোয়নৌ য়িতাব্রো ইপাম হয়রেমনা তেংথানা য়িতু খুনচাননা মীকৌনা থমলাপু থমব্রো কৌএ । ঙাচিং চিংলোইনাই অসিপু থমলা লাকোংথোং চামলৌ লাতা য়োমনা । নপল নোংয়াই খোইনাই ওমপা নতু ঙাইখোমপা সরীক তৌফাপাতা লমব্রোকনারুব্রো হায়না লানচাখিয়ে । নোংয়াই খোইনাই ব্রোমপা চনুনা হে খোয়নৌ য়িতাব্রো । য়িপাম নোংয়াইনা তেংথানা য়িতু খুমননা মীকৌনাপাতি থমলাপু লায়রাব্রো কৌএ । ঙাতেন তেনমৈরোঙ অসিপু লায়রা লাকোংথৎ চামলৌ লাকা য়োমনা নপল অরাইতা নতু সংলৌ য়েনপুমমাতা লমব্রোকনারুব্রো হায়না লানচাখিয়ে। অতুনোংকি হয়রেম লৌথমলান থমলান লমনুংসিব্রো তৌনা কৌএ । *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*থমলান - লৌশি চীংককফমদগী নোংচুপতা খকংপাংকা তাইননা লৈবা মফম অমনি। লেমলৈ ঙাতাপাতা - ঙা ফাবদা । লেমলৈ করিকুমপা - করম্বা ঙানো। হৈরৌপানো - ফাবনো। ঙাচিং - খজিং। লমব্রোকনরুব্রো- পিরু , খুদোন তৌক । লাকায়োমনা - লাদা য়োমদুনা।*

## থয়োং চুমপা লোকচাউঈ

অঙৌবা লংমাইনিংথৌ কাইনও চিঙশোমপা কোরও খোঙচোমপানা পাওমেল্লকয়ে। ঈশানৌ তমপা ব্রাংঙমলোনও খাপা মাঙথানা য়াংপা তুংইন তানপানা খোয়মা মায়ওননা হলব্রাইয়িকুমনা খাপা মরৌ লৌন হকয়ে য়াংপা মরৌ চাউপানে । হয়েং খাপা নিঙনা তেনাতি য়াংপানা খৃৎঙম ফংলাকানে । শানৌ তমপা ব্রাংঙমলোনও শেল্লোয় ঈচিঙলেন মণ্ডল তরংব্রাংপাচিঙ হোপী হোপাইচিঙ শাতু কৈতুচিঙ শালেম লাললেমনা শেমপাচিঙ পেরুক পেতাইনা শেমপা চিঙপু লংমাই থাঙঙা ঈকারেলয়ায়পু য়ৌহীকুনুসে । শেল্লোয় অয়ুম নাকপাকমা চিঙশাং নাপোমমাতা পুম লাংশুমলোক উপী উরেল পোকপা চিঙ শেল্লোয় তোংতরেংপা ময়ুমফমতা লংমাই মুতোংপা ময়ুমশাংপু ঙমলোন্ননাতি শাম্বুপলুসে হায়না কোরৌ নুমিৎ নীনি শুনা শেল্লোয় মতাইমাতা থৈনা নোংফাইরময়ে । অতুনোংকিপু শেল্লোয় লওথয়ো থয়োং চুমপা লোকচাউ ঈ ও তৌনা কৌয়ে ।

*(পাম্হোইপী খোংকুল)*

*অঙৌবা ... খোঙচোমপা - নোংপোক নিংথৌ । খাপা - খাবা শলাই। য়াংপা - খাবা শলাই । হলব্রাইয়িকুমনা - হনগুবগুম্না । মরৌ লৌনহকয়ে - মরৌ য়াম্না চাউই । নিঙনা তেনাতি - হল্লকপদদি । মণ্ডল তরং ব্রাংপাচিঙ - নোংপক্লা ব্রাংবা চীং । হোপী হোপাইচিঙ - শা উচেকনা তিনবা চীং । শাতু কৈতু চিঙ - শা কৈ শিফম চীং, শা- কৈ মপাঙ্গন হনবা চীং । শালেম লাললেমনা শেমপাচিঙ - শা অরেম্বা লাল অরেম্বনা শেম্বা চীং । পেরুক*

*পেতাইনা শেমপা চিঙ - পেরুকনচিংবা মনা মশীং ব্রাৎতনা শেম্বা চীং । থাঙঙা ঈকারেলয়ায়পু - ঐগী লৈফম্বু। য়ৌহীকুনুসে - য়ৌরুগনুসি । পুশুম লাংশুম লোক - বু লাং হৌবা লোক । উপী উরেন পোকপা চিঙ - উজাউ ব্রাজাউ হৌবা চীং । ঙমলোম্মনাতি - লোননদি, নরুনদি ।*

## থংকান

থংকা কৌবদি কদৌনোংগীনো । য়াওরৌ শানিংথৌ কাম্বারি খোকলাং লেংদা থোংবা অনিমগা মথং মথং কাখিয়ে । থংকা ও কৌববু পোইরে তাবা থিবনা থংকান কৌয়ে । ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

## থংকান চীংশাং খুললেল্লে

লমলেন থংকান চীঙশাং খুল্লেল্লে ও কৌবদি । য়োয়রুমলোন নোংপাল চনু মাতা তরুকমানা । মামাল মাচা হাওকু ইতম সোয়শেলবা তরুক মাবু লাক্কবরা হায়না চীঙবু লুমবু শাংনা ঙাইরময়ে । অদুনোংগীবু থংকান চীঙশাং খুল্লেল্লেও তৌনা কৌয়ে । ***(থাঙব্রায়রোন)***

*থংকান চীংশাং খুললেল্লে কৌখিবদি । লুব্রাং চনু খোংজোমনুবী মতা তরুকনা মখোয়গী নুংশিনজবা হওকু পাখং শোয়শেন্নবা তরুকপু লাকদ্রা হায়না চীংগী মফম অমদা কুইনা ঙাইরম্মী । মরম অদুদগী থংকান চীশাং খুল্লেল্লে কৌখি ।*

## থৎমা ঈতেরৌ

(১) চীংখোঙকোইমনাউগা শেল্লোয় মপাতাউ লুব্রাং নাহা য়াওশা তানবগা লাবা খুমনবু য়াংতৌ শারম লীবদা। লুব্রাং নাহা য়াও শা তানবনা কৌবা য়িরোং শাবু তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লববু ফেলয়োল্লে । শেল্লোয় মপাতাউ চীংখোঙ কোই মনাউগী ফৈবা মতানপাকপু তুরে ইমু ফিরাক শারে ইঙৌ পামফেন্নরে । পাথৌ চীংখোঙ কোইমনাউ ও করম তিমেন খুয়োল্লবনো হায়না পায়না কোন্না কপ্পরেএ । তিমেন মখুৎশুবু ফৈবা তানবুনথকী শত্তোক্লবগা ইমু ফিরাক শাববু হৈনা য়াংনু মনা থৎনা তৈরম্মে । অদুনোংগীবু থৎমা য়িতেরৌ ও তৌনা কৌএ ।

***(লাজোল চীজোইরোল)***

*চীংখোঙ কোইমনাউগা লুব্রাং নাহা য়াওশা তানবগা মরুপ অনীনা শারম লীদুনা শা তাল্লকপদা লুব্রাং নাহা য়াওশা তানবনা চীংগী ঈশিং ঈরোংদা লৈরম্বা শাদা তা লংখিববু পান্দরে । মরুপ চীংখোঙ কোইমনাউ ফৈবাক্তা লংলকপা তানা খিন্দুনা ঈনা পুমঙাং ঙাংলে । মরুপ চীংখোঙ কোইমনাউ ঐগী লংখিবা তাবু করম শোয়দুনা পাল্লবনো হায়দুনা কোনশিন্নদুনা কপমিন্নে । খুৎশু তাবু ফৈবাক্তগী শত্তোক্লেগা থোক্লকপা ঈঙাং মফমদা হৈনা য়াংনুগী মনা থত্তুনা তৈরম্মী । নুমিৎ অদুদগী মফম অদুবু থৎমা ঈতেরৌ কৌখি ।*

(২) ময়িম সেলোই লংমাইনা হাওকপচীংশাং থেং খুনফম ঙাংচেংনিন থাঙঙা য়ৌখান থেংলুবগী মারান ওন্দেরকপদা । মৈতেংঙু উরাকোম্বৌবনা খিংলৌ পনচল্লে লাবতুকুম পনকোইরে । ময়িম সেলোই লংমাইনা চীংদা কানাচেনলবদি থুমনাও কোকপাকপীচা ফাকুম ফানরে । য়েলনাও য়াঙসংপীচা তালকুম তালনরে । মাওপী পোঙসঙ য়ান য়েন্দেম থারাম সোইকুমনা মেতাক লমসল ওই মংলক লালনা য়ানকুম য়ান্নরে । লংমাইনা তমদা তানা চেনলবদি সাপী লাইতাঙপীচা ফাকুম ফানরে । সেলোয়না খোয়ম নাদ চঙনা চেল্লবদি লাংবল

কাওরেল সল লৌ চঙবা লোইমোম পোমসং সায়বা য়ৈকুমলে । মায়িম লংমাইনা লাইজ ঈদা কুমনা চেল্লবদি । লাংবল ঈকা ঙা লেমলৈ অহুকপা ৱানচেং আহাপা ফাকুমলে সেলোই সিফা নিকলে । সেলোই থিংলৌ য়াইতাপা লংমাই মারোং চৈচেনবা য়েলপা তুকুম সৈনাইবসিংনা খোয়মা নাকা থৎনা ঈ তৈরময়ে । থৎমা ঈতেরৌও থোন্নয়ে । *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*হাওকপ চীংশাংথেং - হাওকপ চীংশাংদা লান্দারুবা । খুনফম ... থেংলুবগী -খুনফম ঙাংচেং থাঙঙা য়ৌখান লান্দারুবগী । মারান ওন্দেরকপদা - ময়ুমদা হল্লকপদা। মৈতেংঙু ... পনকোইরে - মৈতৈনিংথৌ উরাকোল্হৌবনা শা ফানবা কোয়শিনবগুম কোয়শিল্লে । খোয়ম নাদ চঙনা - নাপী মরক্তা চঙদুনা । লাংবল ... য়ৈকুমলে - লাংবল থাগী লংচাক লাক্লবা লৌগী ফৌ চাবা শলদা ফুবগুম ফুরে । লাইজঈদা কুমনা - ঈশিংদা কুমদুনা । লাংবল ঈকা ... ফাকুমলে - লাংবন থাগী ঈশিংদা কারকপা ঙা ফাবগুমলে। সিফা নিকলে - তৌফম খঙদরে । থিংলৌ য়াইতাপা - মায়থীরবা । মরোং চৈচেনবা - চুঙপায়দুনা চেনবা, লাঞ্জেনবা । য়েলপা তুকুম সৈনাইবসিংনা - য়েল লাবগুম অশোকপা নংলবশিংনা । খোয়মা নাকা থৎনা - নাপী মনা থত্তুনা ।*

## থাঙকাউ চীং

মোংপা মতাইমাতি কতোং করাংচীং তোকপা য়েনফৈচীংনে । চীংলেন নাপোমমা তৈপাতি। অঙৌপা নিংথৌ তোরা খুনমা লানয়ানপা হাওতক লমফমপানা থাঙলেন মখুৎসুপু কাউরমএ । থাঙকাউচীংও কৌএ ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## থাঙঙা উরানচীং

থাঙঙা উরান চীংও কৌবদি কদৌনোংগীনো । থাঙঙা অমুকোই কম্বোং তরাকোইও । লুৱাং লাইরেন তাউরোইনাইবু ময়ুম থাঙঙা থেনবুংথক্তা। তেরা কংলংমৈ লাইঙা উপুকা শিংনাই মাইরেং হৌববু। ময়ুম থাঙঙা মনিল নাইবনা তেরা কংলংমৈবু খাচিকলবগীদমক। পাখং য়োমলোই হৌ নুরা য়োমদাংশাংনা হোইরৌ হায়া লাউনা য়াম্লেক্লববু । অৱাং সাইনা পাংনা পামেন উচুং উরা য়াওনা পাইখিএ । থাঙঙা উরান লানখিএ । অদুনোংগীবু থাঙঙা উরানচীংও তৌনা কৌএ । পামেন উখাংমাতা শীংজং মখুশুসুং থাংনা লানখিএ শীংজং হাইবী লানও তৌনা কৌএ। তুবি অঙনবা লাইরেল অরেম্বনা করম লানখিবনো । অদুনোংগীবু খোইয়ুম লাই লান্নচীংও তৌনা কৌএ। *(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

## থাঙগা (থাঙ্গা)

(১) থাঙখাও কৌবদি কদৌনোংগীনো । খুলখা ৱাংকেলতোংবা কাপচা লৌথিবা থাংলেন মখুৎশুবু । থৌদু নুংমাইশিৎ লাইজ খিকফেললৌ থাংলেন মথৌ হেন্না ফেঙলময়ে। ময়িম কেগেনা তেংথানা মোইরাং মীকৌননা থাংলেন মখুৎশু অথৌববুদি অখাবও কৌয়ে । অদুনোংগীবু থাঙখাও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

(২) খুয়োন খাংগরুংবা শোয়দা থাঙ য়াইওইবা চংঙৈদা। থাং অথৌববুদি অখাবা কৌয়ে। অদুগী থাংখা কৌববু থাং অদুনা লু মথক্তা কাখৎলকয়ে অদুগী থাংকা কৌয়ে । *(থাঙ্গা চীঙ্গোইরোল)*

*খুয়োন খাংগরুংবনা চীংলক অচনবদা লুফুই নানথুমপা সোমরেন খমঙাকপগু। লুরেন য়াফাকপা কাওচাউ সোরারুতা থাংলেন য়াইওইপানা চঙখিরপাকী । সরারু লুমাঙসংনা সোয়কাইপাতা থাংলেন য়াইরোইপাপু কাইখৎলকএ । অতুনোংকীপু থাংকা সোয়রো কৌপাপু কেগে ফাংথিপানা থাংকা সোয়রো তৌনা কৌএ ।*

(৩) লমলেন মতাইমা কেকে খাইতোন লৌথিপানা নোংপাল ফানতেকচামপা চনুপু হোইথিরকঙে । মোমনু তালোয় মরুমপী খিংখিং হৈরেম পুংচানা । কপো ব্রারৌথিপাব্রো থংলেন খাইতোন লৌথিপানা নমোম ঐপু তরা চানমথিকুমপাপু খানাকনিক ব্রাংলৈ কোনঙৌ থোংকুমপাপু তিনচুম নিকনা লুমলাং থেংকোইনিকলাপাকী। নোংপাল ফানতেকচামপা চনুপু হোইথিখিয়ে । হৌরেল লোকতাক ময়ায়খায় লাংলেন মৌপি ব্রুঙাম ঙামচৌথকতা তোংনা মরান লুহোং খোংথোংলকপাতা । য়িতু থাংলেন মখুৎসুনা চয়পিব্রো হায়না থৌনেকখোনকী । খুনখুব্রা য়াংকোনতোংপা খিংখিং হৈরেম পুংচা কপো ব্রারৌথিপানা থাংলেন মখুৎসুপু । থৌতু নুংমাইসিৎ লাইচা খিকলেনচাই থাংলেন মথৌ হেননা ঙাইখমখিএ । কেকেনা তেংথানা মোইরাংনা মীকৌনাপাতি থাংলেন মখুৎসু থৌরাপাতি খারাপা কৌএ । অতুনোংকিপু থাংখাব্রো কৌপাপু কেকে তানাতাপা মোইরাং হাইমন তানপানা থাংকাব্রো তৌনা কৌএ । *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

(৪) মোইরাং খাইদেম লৌথিবনা নোংবান ফান্তেক অচাবা চনু কোইরম্মী । নুপী নিপা মখোয় অনিনা য়ানদুনা লুহোংগদবগী থৌরাং তৌরে হায়বা পাউ অসে মতু খিংখিং হৈরী পুংদোংবাচনু লৈমা নুরাংখোম্বীনা তাবদা মথব্রাই য়াম্না নুংঙাইরমদে । মথব্রাই নুংঙাইতরবসু নুপীচা ওইবা মরমনা মথংলেনবু ব্রারক ব্রাতেম্বদি ঙমদা, মবুক্লিং নুংশিরদুনা মবুং খিংখিং হৈরী পুংজা কবো ব্রারৌথিবদা ব্রাকৎচরম্মী । "হে ইদুনিংথৌ ! থংলেন খাইদেম লৌথিবনা নমোম ঐবু তরা চাকনমথিগুম খনাকনিক ব্রাংলৈ কোংঙৌ খোমগুম তিচুম নিক্লা হুন্দোকপিরগা নোংবান ফান্তেক অচাবা চনুগা লুহোংখিগদৌরে । হৌরেন লোক্তাক ময়াই খাই, লাংলেন মাওবী উঙাম ঙামজৌথক্তা তোংনা মরাল লুহোং খোংদোংথিল্লকপদা ইদু থাংলেন নখুৎসুনা খরা ব্রারকপিয়ু হায়না মচলনা কপ্পা কপ্পা হায়জরম্মী । হৈরী পুংজা কবো ব্রারৌথিবা মবুংনা মচলগী অব্রাবা অদুবু উঙমদদুনা শাউনা থাংলেন মখুৎসুবু থৌদু নুংমাইশিং লাইজ খিকলেন চাইনা থাংলেন মথৌ হেন্না ফেংলগা লমখাংদা মোইরাং খাইদেম লৌথিববু ঙাইখি । কেকেনা তেংথানা মোইরাংনা মীকৌনবদা থাংলেন মখুৎসুবু থৌরবদি খারবা কৌয়ে । থাংলেন অথৌবা মখুৎসুবু পায়দুনা ঙাইখি হায়না থাংখা হায়বদগী মফম অদু থাঙ্গা কৌনখি ।

*(লম্মীংলোন)*

*নোংবান ফান্তেক অচাবা চনু - লম্মাংদোং নীঙোল । ইদুনিংথৌ - মবুং মপ্পাদসু ইদুনিংথৌ কৌই । নমোম-মচলবুসু মমোম হায় । তরা চাকনমথিগুম খানাকনিক - চাক নমথিবা চানিংদবগুম । ব্রাংলৈ কোংঙৌখোমগুম তিনচুম নিক্লা - য়ু নমথিবা থক্লিংদবগুম । লাংলেন মৌপি উঙাম ঙামজৌথক্তা তোংনা - হি তোংদুনা , মৌবী ব্রাগী উঙামথক্তা তোংদুনা । থৌদু ... খিকলেনচাই - নুংদা ঈশিং চাইদুনা থাং ফেঙবা ।*

## থাঙচামপাৎ ঈমাসিন

মোংবা মদাইমদি। ময়িম কেগে মোইরাংনা হুয়েল লানকারকঙেদা। পোইরৈ মৈতৈ থোংঙা লাকাবিচাগী থাঙলেন মখুৎসুনা কেগে চাতরেৎ হুমফুহুমথোইমবু মংলক য়ানগুম য়ানথুরে। থাঙলেন মখুৎ সুবু লাইজ য়িদা চামলমএ। মহীনা ঙাংতুম ঙাংনা চেনথখিএ । লানলোই থাঙচাপাৎ য়িমাসিন ও কৌএ ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*তুরেলগী মতাইথংবা লম অমবু লানলোই থাঙচামপাং ঈমাসি কৌখিবদি । মোইরাংগী মীনা লাম্দারকপদা মৈতেগী থোংঙা লকাবিচা কৌবনা থাংনা মোইরাং চাতরেৎ হুমফুহুমথোইবু নাগী অনৌবা য়ানবগুম য়ানথুরে। ঈ তৈরবা মখুৎশু থাং অদুবু ঈশিংদা চাল্লম্মী । ঈশিংদা চাম্বগী ঈনা ইঙাং ঙাংনা চেনথখি হায়বদগী লানলোই থাঙচামপাং ঈমাসিন কৌখি ।*

## থাঙঙা কৈথেন

কেকে পুরিকলাই ঙাঙোই পোংলেন হনপাতি কেকে থাঙঙা কৈথেললেন । ঙারা খাইচাপুং লোইমু ফকখায়পুং তরেৎ সেনথোইপুং । কেকে খুনথক চনুরা ব্রাকনা মানপী ব্রাকনা ফাপী য়াকাপুং । মোইরাং খুনখা চনুরা তেংনা মানপী তেংনাফাপী পোংপৈপুং । চৈরে খাননা পুংমানলৌ তীকনাপুং চোয়নৌ সনা চাংচিংপুং লুপা খলব্রোনপুং । লোইসী চীংপু লোইবা হেমপাতমপু ব্রোনপানা চৈরে লেংতোন য়ান । থোইতিং সমখাংপু সিনৌ পোনতাইলাক হাউমল খোইপাকপুনা তেৎনৌ য়োৎ তীকপুং । নোইনু থুমতাইপুং ঙাঙোই থাঙঙা কৈথেল লেনপু । চৈরে ফিরালয়ুং হয়রাং পাকতকনানা তাউচিং ফাফেননানা । তরেৎ সেনচা ফামনা হুন সিঙলেন লৈয়াম নোংচুনানা । য়োইপু খোইমোম লাইরৈমা থাঙঙা কৈথেল লৈমা খাইফপীপু চোয়নৌ সনা য়াইকাথা লুপা য়াইকা হুননা হোঙনেমএ । অতুনোংকিপু কেকে মোইরাংনিংথৌ ঙাঙোই খোকখৈ পানচুমপা কৈথেল মখুৎফা । কেকে থাঙঙা কৈথেল লেনও তৌনা কৌএ । ***(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*মোইরাংনিংথৌ খেনলৈ নুব্রা তেলহৈবগী হাক্তক্তা মোইরাংদা থাঙঙা কৈথেল লিংখৎখি । পুরিক্লাই ঙাঙোই পোংলেনহনবা হায়রিবসি খেনলৈ নুব্রা তেলহৈববুনি । গরিবনিৱাজ মহারাজগী মতমদগী ভৈগ্যাচন্দ্র মহারাজগী মতম ফাওবা মোইরাংগী নিংথৌ ওইরম্মী।*

## থাঙতাপুঙ

(১) লোইবী থাঙতাপুঙও কৌবদি। কোরৌ নোংথিল পোপোপমাতাবু চীঙঙু নোংথৌ সোরারেলগী থাঙলেন মখুৎশুবু তারকয়ে । অদুনোংগীবু লোইবী থাঙতাপুঙও কৌববু পোইরৈ তাফা থীবনা থাঙতাপোম ও তৌনা কৌয়ে । ***(থাঙব্রায়রোন)***

(২) তায়োল থাঙতাপুঙও কৌবদি কদৌনোংগীনো। চীংঙুনোংথৌ সোরারেনগী থাঙলেন মখুৎশুবু কোরৌ নোংলাংপান্দগী তারকয়ে। অদুনোংগী থাঙ তাপুঙ কৌয়ে। ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

## থাঙবরেল

কেগে থাঙবরেলও কৌবদি কদৌনোংগীনো । মোইরাং লৌমী থাঙবা কৌবনা পাৎলেন খোংতৌয়ে হায়বগীবু থাঙবরেন ও কৌয়ে । ***(মোইরাং লৈকোই পুঙ)***

## থাঙমৈকোন

থাঙমৈকোন ও কৌবদি কদৌনোংগীনো । লুব্রাং নাহা য়াওসা তানবনা চকমোম ঙমখাইলৌ য়াওরৌ সাপান লোকলাবদা । নিংথৌ মুংয়াং চাউবা য়ুপান য়োইথংলিবা লোইয়মচাবু অহোংবা থংজিং অরাই চীংতোন তোংবনা। তরা চাকহোঙগে ব্রাংলৈ য়ুকৌগে সারেন সাহোঙগে হায়না অহোঙ পুংথোনঙম্বদা। পাথৌ লুব্রাং

নাহা য়াওসা তানবাও নঙবু লাউও। নিংথৌ মুংয়াংচাউবা ঐগী অহোঙ পুংথোনবা তরা চাহোঙবা অসিদা। সারেন ফাহাপনানা ৱাংলৈ চারী লয়খৈগী হাওদৈ অয়াকপবু তংখিয়ো । তরা চামায়োনসুঙ চাবিয়ো হায়না পাউকৌ ঙামএ। পাথৌ মুংয়াংচাউবা লোইয়মচাবু অহোঙবা ও । তরা নচাক চাবসুঙ হাওএ সারেন সাসুং হাউএ ৱাংলৈ নয়ু থকপসুঙ হাউথোইএ হায়না পাউমেনববু। পাথৌ লুৱাং নাহা য়াউসা তানবাও ৱাংলৈ য়াকপা হাউদৈ কোককায়ু খারি লয়খোঙচুবদি থকখিরোইএ । সমু নখুৎ ওইনা ৱাংলৈ য়ুমেৎপদি করিনো হায়না পাউমেনববু । হোয়দা তাউচিং অতোইবনে হায়না পাউখুমলবদা । লুৱাং নাহা য়াওসা তানবদি ৱাংলৈ অয়াকপা হাউদৈ কোকক্য য়ুনা য়ুবা তোনঙমনরবগী । থাঙলেন নামৈ য়েপপাসুঙ মালেম লয়দা তারৌএ । খোকলাং মনুংচঙসুঙ লাংলেন কোঙয়াঙ ৱাপানমাতা ঙারৌএ । ৱাংলৈ য়ুসুং থোইএ হায়বগীবু থোইচমও কৌববু কেকে তাফাথিবা মোইরাং হাইমন তানবনা থাঙমৈকোনও থোননৈএ । *(মোইরাং কংলৈরোল)*

*চকমোম ঙমখাইলৌ - ঙমখৈ লৌদুনা মৈথাবা । য়াওরৌ সাপান লোকলাবদা - শা ফারবদা । তরা চাক হোঙগে - চাক কৌদুনা মীয়াম পীজগে । ৱাংলৈ য়ুকৌগে - ঈরাংথৌনিগা লোয়ননা য়ু থক্রবা কৌবা । সারেন সাহোঙগে - ঈরাং থৌনি তৌদুনা শা হাৎলগা মীয়ম পিজবা । অহোঙ পুংথোনঙমবদা - অহোঙ কুম্মৈগী থৌনিদা নিংশিংনবা পুংথোনবদা । সারেন ফাহাপনানা - শা হাপ্পুনা । ৱাংলৈ - য়ু । হাওদৈ-য়ু। তংখিয়ে-থকখি। তরা চামায়োনসুঙ - চাক্লেনসু। কোককায়ু - কোক ঙাওবায়ু। খারি লয়খোঙচুবদি - মপুঙফানা তিংদুনা শেল্লবা য়ু, ময়াক লৈরবা য়ু। তাউচিং - হৈ । য়ুবা তোনঙমনরবগী - য়ু য়াম্না ঙাওরবগী । থাঙলেন নামৈ য়েপপাসুঙ - নীংজোন্দা থাং য়ানবসু । লয়দা তারৌএ - লৈবাক্তা তাহৌই । খোকলাং - তা, তাখোক । লাংলেন - ৱা । ৱাপানমাতা - ৱা মপান অমদা ।*

## থাঙৱাই লম্মহন

থাংৱাই মারনিংথৌ খোইয়ম ওংচা চীংমাপা মরমখৈ । নুংবাল ৱাংমিৎখু খুৎহৈপা লুৱা ৱাংমানাউ সিলহৈপাকা ৱূনৌ সোয়নৌথিনা পামেল তংখাই লৌপাতা। থাঙলেন মখুৎসুপু কাউরমলাপাকী অনৌপা থিংলৌ নিঙনা তেনা লৌরুই হায়পাকী থাঙৱাই লমমাহনৱো তৌনা কৌয়ে। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*লাইনিংথৌ মারজিং ওংচা চীংমাপা কৌবগী লমখৈদা লুৱাংগী ৱাংমিৎখু ৱাংমানাউ কৌবা মখুৎ মশা হৈবা অনীনা উয়াম্দুনা তংখায় তংখায় খায়রক্লগা হল্লকপদা থাং কাউথোক্লম্বদগী হন্দুনা লৌরুই হায়বগী থাঙৱাই লম্মহন কৌখি ।*

## থাঙৱায় লৌহলচীং

থাঙৱায় মাদাইমদি থাঙৱায় লৌহলচীং কৌবদি । নোংপাল খুনমপা লূৱাং খুমিৎ সুমপানা । পামেল সংকম য়ানবা শিঙপী থরোন পৈপাতা থাঙলেন মখুৎশুবু হিকথোকলে । খোয়মা নারোন্নুংদা পাইশিনখিববু শমু তুংলম হন্না মানা মানা লৌরময়ে । অদুনোংগীবু থাঙৱায় মারাহল থাঙৱায় লৌহলচীং ও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙৱায়রোন)*

*পামেল - উ, শীং । সংকম য়ানবা - শীং য়ানবদা মশা মনা খুদক্তা য়াম্ফৎপা নত্রগা মৈ থাদুনা শীংগী শরুক্তা লৈহনবা । শিঙপী থরোন পৈপাতা - শীং পুন্না পৈবদা । থাঙলেন মখুৎশুবু - মখুত্তা পায়বা থাঙবু ।*

*হিকথোকলে - নাথোকলে । খোয়মা নারোম্নুংদা - নাপী মরক্তা । শমু তুংলম হন্না - মশাগী তুংদা হন্দুনা । মানা মানা লৌরময়ে - লাম লামদুনা লৌরম্মী ।*

## থারৈ

তোরয় নমসাংমাতি হাউরৈ লাইনা পাংপারমকী। লাইচা য়িরেন পুংনা ব্রাংথং মায়রোয়ননা তরৈ তরৈ লয়থরকএ । থারৈও কৌএ । ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*হাউরৈ লাইনা পাংপারমকী - অব্রাং পাংবা লমগী । লাইচা য়িরেনপুংনা - ঈশিং অচৌবনা । ব্রাংথং মায়রোয়ননা - অব্রাংবদগী মমায় ওন্দুনা ।*

## থারেন

চীংখোং পোইরৈতোন্না মমাং মথা য়েংলময়ে । অদুনোংগীবু থায়েংও কৌববু পোইরৈ তাবা থিবনা থারেন ও কৌয়ে । ***(পোইরৈতোল খুম্মোক)***

*চীংখোং পোইরৈতোন্না মমায় লুকথরগা মথবাক মথা য়েংলমই । মরম অদুদগী থায়েংপুং কৌবদগী মৈতৈনা অশম্বা ব্রাইদা থারেন কৌখি।*

## থারোইপা খোং

মোংপা মতাইমাতি পোইরৈ মৈতৈ থারোইপা খোংও কৌএ। ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*তুরেল তোরৈ অমদি মৈতৈ থারোইপাগী মমিং লৌদুনি থারোইপা খোং কৌখি ।*

## থাংজিং চীং

থাংজিং কোইরেল লাইনিংথৌ চানোং নিংথৌ তরেংবা হায়বা মিংথোন অসি কৌবা থাংজিংনা। খোইয়ুম লাইফাংথৌ মাপনগা শারোই হুম্ফুমাথোইগা । লাইনুরা তরেৎ লাইপাখণ্ড তরেৎ লমলৈমা মাপন অমসুং তুরৈমা মাপন অসিগা লাই অয়াম্বগা লোইননা । খোইয়ুম লাইরুপ লেংনা তিন্না চীংশাং নাপোম তরেৎফাংবা চীং অসিবু । লাইনিংথৌ থাংজিংগী কোলোইমিংদগী থাংজিং হায়না কৌনৈ । ***(মোইরাং থাংজিংগী চীংগোই)***

## থাংতু পোক

খোইনাই যুমথংবগা খোইনাই খুন্দাবগা য়ুকোকথোং য়াইমবা নাওরেমতোন অতোনবগা। নমু পোংবুম তরুকতিংনা কেগে মপাম লম্বু খুনগুম্নকপদা । লৌতাংথুপ চামেনখাদা কোরৌ নুমিৎ নিনি ফাইরমএ । ফাইপু তেম্বা থাংতুপপোক ও কৌএ । ***(নুব্রাংলোন খোংকুল)***

*কৌকুগী নিংথৌ কৌবরেল অঙাংঙানা মৈতৈ নিংথৌ খুয়োইতোম্পোক (খৃ: ১৫৪ - ২৬৪) কী মচানুপী লাইরোকলেম্বী পান্নদুনা মচানিপা মঙা পোকই । মচাশিং - খোইনাই অহনবা, খোইনাই ইমথংবা, য়ুকোকথোং য়াইমবা, ইরু লৌখিবা , নাওরেমতোন অতোনবনি। খোইনাই য়ুমথংবা, খোইনাই খুন্দাবা য়ুকোকথোং য়াইমবা*

*নাওরেমতোন অতোনবাগা লোয়ননা মী তরুকনা মপা মপুগী লম মোইরাংদা খুন্দারকপদা লৌশুবশিংগী থুপফম চামেন মখাদা নুমিৎ নীনি লেকুলা ফাইরম্মী । মরম অদুদগী ফাইপু তেহ্বা থাংতুপ পোক কৌখি ।*

## থাংবী য়োইনাও কোন

লমলেন মদাইমা থাংবী য়োইনাওকোন চীংহৌ লমদাইথেৎ য়োয়বু খোইমোম লাইপুনশি থাংবী চীংমাবীনা য়াংলৌ অরা লমদনঙৈদা । ইনুং শোয়য়ায়মদা চীংলেন মপান ফুকনা মপন কুবিরম মদু কাবিরম লীরা পুবীচীং লোংরা তাউবীচীং লোললোয় লৌচিম্বাং চীংথাং থাংলাংমৈবু খোইমোম লাইনা থাংখিয়ে থাংবীও কৌয়ে। চীংলেন মপান ফুকনা হৌখিয়ে চীংহৌও থোন্নেয়ে । ***(চায়নরোন)***

*য়োয়বু খোইমোম - লাইরেম্বী । য়াংলৌ অরা লমদনঙৈদা - লম্বীদা রাবগী পোৎথাবদা । চীংলেন - অখোইবা চীং । ইনুং শোয়য়ায়মদা - অহিং নোংয়াইদা। মপন কুবিরম - মপানা চানবীবা লম। মদু কাবিরম - মবুং মপ্পাশিংনা কাবলম । লীরা পুবীচীং লোংরা তাউবীচীং - লীরা লোংরা হৌবা চীং । লোললোয় - লাইরেন শক্তিকুগী ইরেংবম ফাওবগী লমদা কোনয়াই হুনবদা শিজিন্নবা রাহৈ লাইশোল , লম।*

## থাংমৈবন্দ

চিংগু থাংমৈ মারহনবা অরাং মালং হুমমোইবনা খুৎসু থাংলেন অঙৌবা পায়দুনা থাংহাই নোংথাং কুপ্পগুম কুফেৎ তগুপ লাক্লা পূক্লীং তিংখং শোইনাইদা অরা হুইরাং শোন্দনা কোইনা থিংবা পলগুম্না ঙাক শেল্লি হায়বগী চিংগু কোলোয় মথৌদাং খোয়ুম মিংলেন লৌদুনা মফম অদু থাংমৈবন্দ কৌনখি । ***(লম্মীংলোন)***

## থাংলংপুং

লোইবী মদাইমা হেমবা থাংলংপুং ও কৌবদি । চীংখোং পোইরৈতোন্না রাংলেন মপুংচাবু থাংদুম থাংনা য়ৈরমএ । অদুনোংগীবু হেম্বা থাংলংপুং ও কৌএ । ***(পোইরৈতোন খুম্বোক)***

## থাংলৌ লমমহল (তাঙাপুং, থামোইকোল, খুতেক)

কেগে খুয়োল থাংলৌ লম্মহল কৌবদি । লুরাং নাহা য়াওসু তালবনা চকমোম ঙমখাইলৌ য়াওরৌ সাপাল লোকলকপদা । নিংথৌ মুংয়াং চাউবা য়ুবাল য়োইথংলিবা লোইয়ম চাবু অহোঙবা থংচিঙ আরাই চিঙদোল তোল তোংবনা তরা চাহোঙগে রাংলৈ য়ুকৌগে সারেল সাহোঙগে হায়না অহোঙ পুংথোলঙামবদা । পাথৌ লুরাং নাহা য়াওসু তালবাও নংবু লাউও । নিংথৌ মুংয়াংচাউবা ঐগী অহোঙ পুংথোনবা তরা চাহোংবা অসিদা । সারেল ফাহাপননা রাংলৈ খারি লৈখৈগী হাওদৈ অয়াকপবু তংখিরো । তরা চাময়োনসুঙ চাবীরো হায়না পাওকৌঙাময়ে । পাথৌ মুংয়াংচাউবা লোইয়ম চাবু অহোংবা ও তরা চাক চাবসুঙ হাওএ । সারেল সাসুঙ হাওয়ে রাংলৈ নয়ুতাআদি থৈয়ে হায়না রাহমববু । পাথৌ লুরাং নাহা য়াওসুতালবাও রাংলৈ অয়াকপা হাওদৈ কোককা য়ুনদি থৈরিরোইয়ে । সমু নখুৎ ওইরমসুনা রাংলৈ য়ুমেৎনবা অদুবু করিনো হায়না পাওহংববু তাওচিঙ অতোইবনে পাওখুমখিয়ে । তৌইগুম পাথৌও তাওচিঙ হৈত্রোই অতোইবগা রাংলৈ য়ুমেৎনবগী থৈবনে হায়না রাহমলবদা । লুরাং নাহা য়াওসু তালবদি রাংলৈ অয়াকপা য়ু হাওদৈ কোককাবনা য়ুবা তোঙমলাবগী । থাংলেন নামৈ য়েপপাসুঙ মালেম লৈদা তারৌয়ে খোকলাং মনুংচঙসুঙ লাংলেন কোংয়াং

ব্রাপানমাদা ঙারময়ে । থিঙলৌ অমরক নিঙনা তেনা থাংলেন মখুৎসুবু লৌরুইয়ে হায়বগী থাংলৌ লম্মহল ও তৌনা কৌএ । খোকলাং মখুৎসুসুঙ ঙারময়ে হায়বগী খোকলাং তাঙাপুংও থোলনায়ে । ব্রাংলৈ যুসুঙথৈয়ে থৈচমকোল কৌববু পোইরৈতা ফাথিবা ব্রাংঙম হাইমন তানবনা থামোইকোল ও থোলনায়ে । লুব্রাং নাহা য়াওসু তালবনা য়াওরৌ তুংইল তাল য়াংদৌশারম লীরকপদা লাংগোই মখুনেৎতগী মালেম লৈদা তারে । সমু মখুৎ তেকলে হায়বগী খুতেক ও থোলনায়ে । *(মোইরাং লৈকোই পৃঙ)*

## থাংই হাইচৈপা লৌ

থাংয়ি হাইচৈপা লৌও কৌপাতি । থারৈ লোকতোনপাকা লাংলেন মৌপী উঙাম ঙামচাউতোংনা খুনকুমলকপাতা। খুনু মানথিকতেরা মমা পুচেং লৈনৌপিচাপু কোঙয়াং মচয়সুনা হাইথরমঙৈ । খুনু মথিক ফাৎলববু থাংয়ি য়ামএ লোইমোম ফৌ তরেৎপু । থারৈ চামোমপানা লোইমোম ফৌতরেৎপু থাংয়ি লয়রোলচন য়ামচেং লয়কুপ সীরাপাকা । থাংয়ি পীফারা লোইমোম নৌচোংলা থাংয়ি মচু ঙাঙলকপারা লোইমোম মুললক্কাপারা ঙাইখমপাপু । কোরৌ হনকাংনা কুমপী য়ামচেং নীকপাপু লাননংলে । থারৈ লোকতোনপানা কোরৌ মনোংথৌপু হৈনা চৈরময়ে । অতুনোংকিপু খুনু থিকফাৎ লৌ চাতানা পামফেললৌ থাংয়ি হাইচৈপা লৌও থোননৈএ ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*থাংই হাইচৈবা লৌ কৌবদি করিদগীনো । থারৈ লোকতোনবনা মৌবী ব্রাগী উঙাম থক্তা তোংলগা খুন্দাফম থিরকপদা তুরেল লৈরাইগী লাংনাথক্তা তোংলম্বা খুনুবু চৈশুনা হাইথরম্মী। খুনুগী মথবাক খায়দোক্লনা য়েংবদা ফৌ য়াম্না য়াওরম্মী। থারৈ লোকতোনবনা লৌ য়াম্দুনা ফৌশিং অদু লৈকুপ শীদুনা হুল্লম্মী। হুনখিবা ফৌনা মপান ফাদুনা মুনবা ঙাইরকপবু কুম কাংদুনা নোং তাদবদগী ফৌ মহৈ পানবা ঙমদরে । থারৈলোকতোনবনা নোংমদোন থক্তা য়েংদুনা চৈরম্মী । মরম অদুদগী খুনু মথিক ফাৎপা লৌ চারোইদবা পামফেললৌ ফৌবু হাই হায়দুনা চৈবা লৌ থোনখি ।*

## থাংয়ি নামুংখাম

হিথেল চংলৈমাদি । থাংয়ি নামুংখাম ও কৌবদি মৈতেংঙু নাউফংবাগা থাংয়ি নাউফং অহনবগা মায়য়োকনসে হায়ঙৈদা । মরোয় সঙাই লাবনা য়ামমা নিংথৌ থাংয়ি নাউফং অহনবা ও। মৈতেংঙু নাউফংবদি ব্রাংগোন লৈমচা ব্রাংগোন নিংথৌ থমং লৈমচা থমংনিংথৌ। কোরৌ নোংনা য়েংগনে হায়গুনো হায়না থৌখামঙমএ । থাংয়ি নামুংখামও তৌনা কৌএ ।*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*হিদেন তোর্ববান অমদি থাংয়ি নামুংখাম কৌবদি করিদগীনো । মৈতৈ নিংথৌ নাউফংবগা ময়াম্বা থাংয়ি নাউফংঅহনবগা মায়োক্লদুনা ব্রারী শানগে তৌবদা । থাংয়ি নাউফং অহনবগী লোয়নবা সঙাইলাবনা হায়জখি । ইয়াম্বা নিংথৌ থাংয়ি অহনবা মৈতেংঙু নাউফংবা ননাউদি নিংথৌ মচা অশেংবনে নোংদোনগী লাইনা য়েংলক্কনি তৌগনু খামখি । অদুগীদমক থাংয়ি নামুংখাম কৌখি ।*

## থিনাখোং

তাওরোইনাইগী মচা লাইরুবা তরেৎমনা মপা তাওরোইনাইবু থিরকয়ে থিনাখোং কৌয়ে ।

*(লম্মীংলোন চেথুপ)*

*লাইরেল তাওরোইনাইগী মচা ইবেম্মা লাইনুরা তরেৎনা মপা ইবুঙো তাওরোইনাইবু থিরকই হায়বগী থিনাখোং কৌখি।*

## থিংক্রুক লূলান

মোংপা মতাইমাতি লাইরেল অয়াংপা মতাইরেম খুয়োই ওমপা য়াইচা কুরাউপা সাকল তোংলিপা নাউলেমনা। নোংয়াই থিংক্রুকচাউ থিংক্রু ক্যাংচা থিংক্রুক লুতোন হাউকুতেক নুংনাং উসোনপা অহুইপা কোনলাংপা কমপোং থব্রা মাইয়িপীচাপু কায়না হুললকঙেতা। ময়িম নোংয়াই মনিন নাইপানা লাইচা য়িব্রাংমাতা হুয়েল লানতান থুরকপাকী। মৈতেংঙু অয়াংপা মতাইরেমনা খোকলাং তাতোনথকতা হুয়েল লালুমাপু লাননরমএ। থিংক্রুক লূলান ও থোননৈএ। ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

## থিংপা

থিংপা খুলেললৈ ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবীশিদববু খুনথিরকপদা লাইজ ঈশিং তমলেন চাউরকয়ে। চীংখোঙ পোইরৈতোন্না থৌদু নুংনা থিংববু পাথরে। অদুনোংগীবু থিংপাও তৌনা কৌয়ে। ***(পোইরৈতোন খুম্বোক)***

## থিংপা ঙমপীখোং

মৈতেংঙুচা য়োইরেনপা থোংনাংলিশিং চায়পা। মপল নোংপাললোন  লোইপী থিংপা ঙমপী হুয়েল চারাংচোং ফাপীনা খোংমা তৌরমএ। থিংপা ঙমপী খোং ও থোননৈএ। ***(তোরৈরোল লম্বুবা)***

*মৈতেংঙুচা য়োইরেনপা - মৈতেংঙু লোইতোংব (খৃ: ১১২২ - ১১৫০) না শংলৈমা পাম্নদুনা অতোম য়োইরেনবা (খৃ: ১১৫০ - ১১৬৩) গা হেমদৌ ইরানথাবগা (খৃ: ১১৬৩ - ১১৯৫) গা সন্নাবগা অহুম পোকই। হেমদৌ ইরানথাবনা খুমন্দগী কারক্নুনা ময়াম্বা অতোম য়োইরেনববু খুমন্দা তাম্বোক্নুনা মৈতে নিংথৌ ওইখি। মৈতে নিংথৌ কবোম্বা (খৃ: ১৫২৪ - ১৫৪২) গী মিং য়োইরেনপা কৌই হায়না ইরম্নসু য়াওই।*

## থুম্বী লৈহৌচীং

শায়েপ লোনমল্লাং থুম্বী লৈহৌচিংও কৌবদি কদৌনোংগীনো। মপন লীকলাবিচা নোংদংনু লিনগোইগী খোইদোম মান্দোম অনীমকনা য়াওরৌ শানাবদা চকমোম খাম্বী মৈচেন্নরে। শংদিং মরোন লূবু হৌদুনা চাকলে লৈহৌও থোন্নেয়ে। চকমোম মৈকনবদা চরৈ ময়িনফিবু থুম্না চাক্লে থুম্বি ও কৌয়ে। য়াওরৌ শাগুঙ পামেন উকারক্তা য়েপ্না শিরময়ে। অদুনোংগীবু শায়েপও কৌয়ে। ***(চায়নরোন)***

*শায়েপ লোনমল্লাং থুম্বী লৈহৌচীং কৌখিবদি। লীকলবিচা নোংদংনুগী মচা খোইদাম মান্দোম অনীনা মৈ থারগা শাদানবদা মফি কোকশেং মৈহৌদুনা চাক্লে হায়বগী লৈহৌ থোনখি। মৈ কনবদা ইন্নফিসু থুম্না চাক্লে হায়বগী থুম্বী কৌখি। শাসু উ কারক্তা য়েপ্তুনা শিরম্মী হায়বগী  শায়েপ কৌখি।*

## থুময়ান

মৈতেংগু পোইরৈ খুনচাউপানা নুংপী খঙনাতা সারেন উনতাপাপু খঙনা উনসুনো হায়পকিপু । নোইনু থুমপোৎ সেমনা লমঙাক পোনলেম মাপু য়াললময়ে । থুময়ান ও থোননৈএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*মৈতৈ নিংথৌ খুনজাওব (খৃ: ১৬৫২ - ১৬৬৬) না নুংপী খঙনদবা সারেননা উদরিববু খঙনা উনবা হায়দুনা থুমবু থুমপোৎ শেমদুনা য়াল্লম্মী হায়বগী থুময়ান থোনখি ।*

## থেংয়া চাঙৌরোক

শেনবী মদাইমদি থেংয়া চাঙৌলোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো । ইয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না য়োৎপী চৈশু মথৌকুমনা নোংপোকতমপু কেন্না খুনথিরকপদা । চকপা কৈথোঙ হাওপাখং শীংজংলেংতা থোংনা পামেল তলখাই লৌবদা পাওমেলখিয়ে । চকপা কৈথোঙ হাওপাখং মৈবী তানকোই পাই মৈখু নোংলোল কাবা অসিবু করি মৈনো । নয়িম হেমচেং চকপা নুরাবী ফুয়িক মৈ চেকাই কাকুপ মৈ চরু তাংশোই মৈ লোইমোম ফৌথেল মৈ ফুথিৎ নোংফাই মৈরা পাওহংববু । হোইদা চীংখোঙ পোইরৈতোনও অয়িম চকপা ফুয়িকমৈবু নত্তে । চকপা খালপোক লৈমা ফানলৌ ঙম্বী মপারি সাংফুরাববু খারা খুৎয়োনথানা নোংমল্লে । অদুগীবু চকপা মীয়িক মৈ হেমচেং মীরৌমৈনে হায়না পাওখুমখিয়ে । চীংখোঙ পোইরৈতোন্না শাবি ইতৈ লৈমাও চকপা মীয়িক লাই হেমচেং মীরৌলাইবু কানাকানে । হৈরাং অসংলাই তাওজিং অমুল লাইবু তালনাকনে হায়না থেংনা কোইনা চৎলকপদা শমু মতোম্মবু য়াংনা শোইনা চৎলময়ে । অদুনোংগীবু থেংয়াও কৌববু পোইরৈতা ফাথিবনা কিয়াং ও তৌনা কৌয়ে । চীংখোঙ পোইরৈতোন্না য়াংলৈ তাউবা মহুইচাবু তরা চাদুম হন্না থাকলময়ে । তরা চাকসুঙ ঙৌদুম ঙৌনা তারময়ে । অদুনোংগীবু য়াংলৈ তালবা হুইথৌচিঙ কিয়াং চাঙৌরোকও তৌনা কৌএ । তেকপি মওকচাসুঙ থাকলম এ অদুনোংগীবু কিয়াংওকথাক থেন শেলবিলৌ থেংয়া কিয়াং চাঙৌরোক তেকপি খাচম চীং ও থোন্নৈয়ে *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

## থেংয়া লমনুংশি

(১) তমপা লাইরেম্মনা কোরৌ নুমিৎচুপ্পা অঙৌবা লৈরাং মনুংশি তমপা পুক্লিঙ খোয়খৈ তাপাপু ঙাইখমপাতা । কোরৌ নুমিৎ চুপলাপাকি তমপা মরাল ওনতেরকলে । মশাপি লংমাইনিংথৌ য়োয়রেনপাসুঙ তমপা মশানৌপু নুংশি খোয়খৈ তানা নোংহামপাপু নোংহাম থেঙলে । অঙানপা থোঙলেন খমলে । অতুনোংকিপু থেংয়া লমনুংশিও তৌনা কৌয়ে । *(পাম্থোইপী খোংকুল)*

*তমফা লাইরেম্মা পাম্থোইবীনা লৈরাংগুম নুংশিজবা মপুক্লা তাজবা মবুঙো অঙৌবা নোংপোকপু ঙাইজবদা । নুমিৎ চুপ্পা ঙাইবদা লাকতরবদা মযুমদা হল্লকলে । মবুঙো লংমাই নিংথৌ য়োয়রেনবসু তমফা মশানৌবু চাক্লা নুংশিনা ঙাইববু নুমিৎ থেঙখরে, নুমিৎ তারে । মরম অদুদগী থেংয়া লমনুংশি কৌখি ।*

(২) খুব্রাই নোংচেংপম নাইচা য়েকমা হাওতংলানা তালোয় মরুমপীপু [১] মোমনু তালোয় লুমতিনতা [২] চৈরৈ লুমলাংথেৎনা [৩] কোইনা নীকনা মতোম য়াতাখিয়ে । [৪] ইনুং সোয়য়াইমাতা য়েকমা হাওতংলানা য়োইপু নাইচা তালোয় ইরুমপী ও । ওকলেন লাপা লৌচঙপা লাইরেল লাপা লৌতাপাপু লৈয়ে । [৫] হয়েং কৌপাচীং

ইনুং সোয়য়াইমা লোইয়া তমলোনলাপাতা [৬] লাপা খুমন য়াংতৌলীকে । য়োইপুনাই মোমনু তালোয় ইরুমপী নগুপু [৭] লৈকাই খুনপোইকুনো কংলৈ য়াথোককুনো য়াথোকফরোইয়ে । [৮] মোমনু মোইথাপ মরিনচিংতানা মোংপা সাহনফারোইয়ে । তরেং খোংফাংনা মোমনু সূনা হাওতে তাইকাগুনা লংচাক ওইলম হুননা নানপা তেমচিংলোননা য়াব্রা সিনথোঙ খামনা য়াংকোইঙামও হায়না পাউমেনখিয়ে । [৯] কৌপা সোয়লম সোয়ফাৎতা চীংলেন য়াকালম নোংঙানতানা খুব্রাই নোংচেংপম নাইচা য়েকমা হাউতংলানা মোমনু তালোয় মালুমপীপু থেংনা কোইনা চৎখিয়ে । অতুনোংকিপু থেংয়া লমনুংশিও তৌনা কৌয়ে। *(নুমিৎ কাপ্পা)*

*[১] মাগী নুপীগা লৈমিন্নদনা হায়বদি হিপফম তিন্নদনা । [২] ফিরু খুন্নদুনা । [৩] পুক্লীং নুংঙাইতনা মতোমতা লৈখি । [৪] অহিং নোংয়াইদা । [৫] অহিংগী মল্লস্বদগী চীংদগী মঙাল ফাওরক্লনা তময়া ঙাল্লক্লবদা । [৬] নিপা থোক্লা শারম লীগে । [৭] কৈরোয় লৈকাই মীয়াম তিনফমদা কোইথোক্লনু । [৮] মোইথাপ নাইবা ফি শাফরোই, মপুরোইবনা শাফম লালফম চৎশ্রবদি ফিশা লোনশা লেপ্লে । [৯] নোংঙাল্লমদাই ।*

## থৈচমপান

নয়োল কেকে মোইরাং লৈমা চাপরোন খুনুংলৈমা লৈফোললাংবী । নিংথৌ হৌব্রা লাইরেন চামপা লোইয়মচামপা অহোঙপাকী থয়াঙ মথৌমনপু । ব্রায়রা সাসিঙথী সারেন অপুমপাপু য়াওরৌ অসিপাপু সারেন সাকোকথীনা । কেকে লমলেন মতাইমা খুয়োন থাংলৌ লমমাহনতা খারি লয়খোঙচু চামলৌ লাফম থানা হোংনেমএ । অতুনোংকিপু লোইয়ম চাপা অহোঙপাব্রো তৌনা কৌএ । লুব্রাং লোইনাই য়াওসা তানপানা লাপা খুমনপু য়াংতৌ সারম লীরকপাতা । লোইয়মচাপা অহোঙপানা ব্রাংলৈ য়ুকৌরমএ । কেকেনা তেংখানা মোইরাং মীকৌনাপাতি হয়রাঙ অপিসাপু অতোইপাব্রো কৌএ । লুব্রাং লোইনাই য়াওসা তানপানা তাউচিং হয়ত্রোই কমনা ব্রায়না । ব্রাংলৈ য়ুপিংনাপাপু হাওতে অয়াকপাপু থোইনা থকমননৈএ । অতুনোংকিপু ব্রাংলৈ থৈচমপানব্রো তৌনা কৌএ । *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

* *থৈচমপান থোনখিবা অসিগা মরী লৈননা থাংলৌ লম্মহল কৌখিবগী মতাংদা য়েংবীয়ু।*

## থোঙঙাক অশিথেন

(১) কৌবা মতাইমদি থোঙঙাক অশিথেনও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লৈনুং থোঙঙারেন চীংখোঙ পোইরৈতোন লৈমা লৈনাউতাবীগা মখোয় অহুম্মানা মপারি খাইনা য়াম মমোম তোকনা হুকলবগীবু । কৌবা লুব্রাংচীংবু ইম দাল্লকপদা তমফা ব্রাংঙমলোন খমনুং শিদনুবীনা নুরা চামনা য়াইথোঙ কুম্বা পাখংচামনা শৌব্রা পনকেল্লকপবু নাউব্রা অপিশা ওইনা চরে খোইথোমনানা ঙাকলমএ । অদুনোংগীবু থোঙঙাক অশিথেন ও তৌনা কৌএ ।

*(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

(২) থোঙঙাক অশিথেন্নে । অশিবনা পোখাফমনে তাইবংপানববু হুন্না য়েংদনা মমা মপা মতু মব্রা মচা অসি খৈবিকপু ঙম্না উইয়ে হায়বগীবু । অশিবা খৈবিকনা মফম অদুদা কপ্পা লাউনা অদুবু খমনুং শিতনুপীনা খমনুং অশিহৈবু হৈরাংখুত্তা পীদুনা চাহল্লে। হৈরাং চারবগা মমা মপা মতু মচা মব্রা ঙম্না কাউএ । অদুগীদমকপু থোঙঙাক অশিথেন মকোই নুংওনচীং তৌনা কৌএ ।*(চীংলোন লাইহুই)*

## থোঙঙাক অশিথেন মকোই নুংওনচীং

অশিবগী থৱায়শিংনা তাইবং লমদাংবু হন্না য়েংলগা তাইবংপানবু উরগা নুংওল্লে হায়বগী নুংওনচীং । কোইনা চৎলে হায়বগীবু মকোই কৌয়ে । থৱায়না লাংনবু চিংনা হায়বগী লাংজিং হায়না কৌয়ে । থৱায় নুংওনবদি করিননো হায়গনি । থৱায় নুংওল্লি হায়বদি তাইবং লমদাং উবদা মশাবু থালফম লমজাও মৈখু খুরম্বা খাম্বী মৈশা লাংববু উরবদা নুংওল্লে। থৱায় ঐবু হনজনবা য়াদরে থালফমদা মৈখু খুখরে । খাম্বী মৈশা লাংয়ে মৈবী তাঙ্গোই পাইরকলে। পারী লৈহৌবা মমোম থনম্বা মচা মশু লৈহৌববু নীংশিংনা পুক্লিং নুংওল্লি হায়বগী নুংওলচীং কৌবনে । থৱায়না কোয়না চৎলে হায়বগী মকোই কৌয়ে । থোঙঙাক অশিথেন কৌবদি কদৌনোংগীনো হায়রবদি । অশিবগী থৱায়বু থেল্লে হায়বগী থোঙঙাক অশিথেল কৌয়ে । অদুনা থোঙঙাক অশিথেন মকোই নুংওনচীং কৌবনে। *(অমন শিকুমলোন)*

## থোঙলেল ঙৌপীয়া

ৱায়শা মদাইমবু থোঙলেল ঙৌপীয়া ও কৌবদি কদৌনোংগীনো । [১]শেল্লোয় তোংদরেংবম কাও লংমাই খুচীন মুচুমশল [২]কাওরেল ঙৌবা য়ুমজোংবগা [৩] তাকনা ৱায়শালাই [৪] তুবি অঙনবা লাইরেল অরেমবাগা। [৫] মালবী চীয়েনববু [৬] তুবি চিনগোয় য়াফাংনুংদা [৭] কাওরেল পুম্না য়োৎচিল্লববু । মালবী নুংচোংবনা তুবি চিনগোয় যাফাংনুংগী ঙৌদুম ঙৌনা চোংথোকলকয়ে । [৮] তুবি খাঙলেনলে লাইরেল লুতুরে থোঙলেল ঙৌপীয়া কাওরেল ঙৌবা য়িমচোংবা খোইমোম লাইহাৎকোলও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*[১] নোংমাইজিংদা লৈবা তোংদরেংবমগী শল । [২] ঙৌবা য়ুমজোংবা কৌবা শলগা । [৩] তাকনা ৱায়শাগী লমদা লৈবা লাইরেন । [৪] মতিক মগুনগা লোয়ননা চীংলেম্লবা লাইরেন। [৫] শল ৱাইনববু শল মচীগা থেংনববু। [৬] লাইরেনগী মচিন ময়ানুংদা । শল পুম্না য়োৎশিন খিববু । লাইরেন শিদুনা তুরে ।*

## থোন্নম্বা লোক লালনমবা লোক

[১] মৈতেংঙু লোইয়ম্বদি মদাইরেম [২]লৈহৌ মনিল নাইব মললোই তানদবনা । ফিবোঙ চামিরোই ফিরাক তোমশারোই ফিদুং থৌরি কাচললোইবু [৩]লোইহা তামলবগী হুয়েল [৪]লালসীঙনখিয়ে। নোংফৌ চীংলুখুম মললোই মপুঙয়াইদ লাইরেল মৈতেংঙুনা [৫]তুবি। থিংকু মথিনাই লাইরেল [৬]মৈবু ওৎ কাওরেল [৭]শলখাঙ তরা লান । [৮]কুরাউ পলতাইশৎ শেকচুপ পলতাইয়ান [৯]চুঙলেপ হুম্ফু চোং [১০]খংনং লৈতংলেংনা খৌশাথবদি । [১১]লৈহৌ য়াগা চাই মারাল থুম্বী মৈমাংচল হুয়েল য়াইশিঙমুৎনা পনথেংলে । লাইরেল মৈতেংঙুনা কৌবা লোকশামা মললোই হাথৈফমদা থোন্না থোন্না ফারে হুয়েল থোন্নম্বা লোকও থোন্নয়ে । মৈতেংঙুনা কৌবা লোকশা অমদা নমনা নমনা ফারে হুয়েন লালঙমনা লোক কৌয়ে । *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*[১] মৈতেংঙু লোইয়ম্বা - মৈতৈনিংথৌ লোইয়ুম্বা খৃষ্টাব্দ ১১০৭ - ১১২২ ফাওবা পাল্লম্মী। [২] খুঙ্গাও লৈচাওবা লৈহৌ অমসুং মল্লোই । [৩] মতম কুইনা লোই হারক্কবগী । [৪] লান্দাখি । [৫] নিংথৌনা শাথিনা শাওবা । [৬] থুগায়বা,চাইখাইবা [৭] শল তরা মথং মথং চোংবা । [৮] খাজিন পুনশিল্লম্বা পন থুদেক্কুনা য়ানথৎলে। [৯] চুংগী মরেপ হুম্ফু চোংবা । [১০] তা পায়দুনা লান্দাবদি । [১১] লৈহৌ লান্দা চখাইদুনা ময়ুম মকৈ মৈ থারে উৎ ওনবা মখৈ লান্দারে ।*

## থোপচাউ খরোয়মাঙ

চীংঙু নোংথৌ সরারেন অৱাংপাখং য়োইরেনপানা । কোরৌ নোংমদোল খোইয়ম লাইরেপাকতাকী মালেম লৈতারকপদা । মপারী নেংথৌ খোইরী হাইপা নাৱা খোয়তাং সিকপানা । য়াওরৌ কাংক্রকসা পুমনামাকা লেমলৈ ঙাৱা ঙাপুমমাকা খরাই লুথোংথক্তা হাপ্পা য়াংলৌ লমখাঙমাতা থোংলেন তিংপীথকতা য়াওরৌ সাপু লাননা লমওক ময়ে । লেমলৈ ঙাৱা অমতি খরাই খুথোংমাপু লাইচা য়িতা তারাপাকী ৱানচেং সুচা নম ঙাৱা পুমফৌ লোননা লাইচা য়িপাকথক্তা তাউখৎলকএ । অতুনোংকীপু খুয়োন পুমলৌখা থোপচাউ খরোয়মাঙৱো তৌনা কৌএ । ***(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*লাইনিংথৌ সোরারেন্না নোংথক্তগী মালেমদা কুমথরকপদা মচানিপা নোংথৌ খোইরী হাইবা নাৱা খোয়তাং সিকপানা কাংক্রক শাগা ঙাৱা ঙাপুম অমগা খরাই লুক্তা হাপ্পুনা লম্বী লমখাঙ অমগী থোংথক্তা পোংলাম্দুনা ওক্লম্মী। ঙাৱা অমদি ঈশিংদা তাখিবদগী পুমদুনা তাউখৎলকই । মরম অদুদগী খুয়োন পুমলৌখা থোপচাউ খরোয়মাঙ কৌখি ।*

## থোপমালৌ

(১) কম্বোং আলাই তাংখুল মুবা চপচেপ লোইরোইবনা পাথৌ কম্বোং সোয়সেনবাও । ইবিংঙানা সোয়রেল খম্নাপ্পদি কয়া চঙবনো হায়না পাওহংববু । থোপমতং চঙ এ হায়না পাওখুমখিএ অদুনোংগীবু থোপমালৌ ও কৌএ । ***(নুৱাংলোন খোংকুল)***

*কম্বোং লমগী আলাই তাংখুলমুবা চপচেপ লোইরোইবনা মাগী মরুপ কম্বোংগী সোয়সেন্নবদা মরুপ ঐখোয় অনীনা সোয় শেমদুনা লু থুম্ববু ঙা কয়াম চঙবনো হংবদা থোপ অমত্তা চঙই খুম্লকখি । মরম অদুদগী থোপমালৌ কৌখি ।*

(২) খুম্বোং পারাবা চেপা লোইরোইপানা শোই ঙাক্তুনা ঙা ফারিঙৈদা থাঙ্গা মপাচা কম্বোং ময়েল্লুশিংনা । নংনা ঙসি শোই ঙাকতুনা ঙাফাবদি লেমলৈ ঙাদি কয়া য়াম্না চংবনো পাউহংবদা, য়াম্না চংদে ঙা থোপমদা চংঙি হায়না পাউখুমখি । কোরৌ নুমিৎ চুপ্পা শোই ঙাক শেন্দুনা ঙা ফাবদবু ঙা থোপ'মদা চংবা হৌনদে থোপ মরৌ লৈরমখিগনি হায়না শোন্নরম্মী হায়বদগী মফম অদু থোপমরৌ কৌনখি । ***(লম্মীংলোন)***

## থোপমরৌ লৈকংলা মারেপ্পা লৈকোইথেল

থোপমরৌ লৈকংলা মরেপ্পা লৈকোইথেল ও কৌবদি কদৌনোংগীনো । হাওরৈ লাইনা পাংবলমগী হাওকপ চীংলেন লাই খুনফম ঙাংচেংলাই থোঙঙাক পামংলাই লমফেল সোয়কপলাই তাক্লেন নোংথিল লাইনা হাওরৈ খানা পাংবলমদা কুমথরকএ । হাওরৈ খানা পাংব লমগী চীংপাফুপা লাই য়ারৌ তৈতু লাইনা লৈশিকুরাং লাইনা হাওরৈ লাইনা পাংবলম কারকএ । থোপমরৌ লৈকংলা মারেপ্পা লৈকোইথেলও থোন্নে এ ।

***(নুৱাংলোন খোংকুল)***

*থোপমরৌ লৈকংলা মরেপ্পা লৈকোইথেল কৌখিবদি । অৱাং মায়কৈগী হাওকপ চীংগী ঈশিং খুনফম ঙাংজেংগী ঈশিং থোঙঙাক পামংগী ঈশিং লমফেল সোয়কপ ঈশিং তাক্লেন নোংথিনগী ঈশিংনা খা পাংনা চেম্বরকই । খা*

*থোপমরৌ লৈকংলা মারেপ্পা লৈকোইথেন থোনাখি ।*

## থোলা

থোলা কৌবদি শম্ভোঙ লাইয়িংথৌনা হুইমু লৈমবু নোক্লেয়ে । নাৱা লৈতনা নচা পোকয়ে অদুগী থোলা কৌয়ে । ***(লম্মীংলোন চেথুপ)***

## থোল্লাং

হয়িঙে থোইনৌ নুংপাল চনু মতা তরুকমনা অৱাং কোরৌ নোংকাঙৈদা । কোরৌ চিনতুম চিন্না ৱাঙপল মংতুম মংপানা নোংথি চিঙলুম হৌবনা কোরৌ চেনচুনা ৱাঙপল চাইচুনরবগী মোমনু মতু মরাং পোল্লে হায়বগী তুপোন ও কৌয়ে । থোলনা থোলনা তুমলময়ে হায়বগী থোল্লাংও কৌয়ে । ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*থায়না খোংজোমনুপী মতা তরুকনা নোংদোন কারকপদা , অতিয়াদা চিন্না মঙনা লাকপা নোংনা লুমথরকুনা চেন্না চাইনা চাইনা চুবগী চোংপনা ইংথমদুনা মতু মরাং পোল্লে হায়বগী তুপোন ও কৌখি । ইংথম ইংথমনা নমদুনা তুম্লম্মী হায়বগী থোল্লাং কৌখি ।*

## থোংকম

খোইমোম লাইয়িংথৌ কাংক্রু সিংলেন তোমথিন্না কুরুম চীঙতোমপোক্তা থৌদাবা । উলচিকয়িবু য়িথক্লা ৱাওচিক য়িবু তরা চাওইনবা লাইয়িংথৌগা । খোইমোম লাংবুম অরিবা কোরৌ নোংমাই য়িহনবা খুনুং লোনচা অরিবা লিনৱাই য়িমরুদা থৌনাবা লাইয়িংথৌগা। চীঙবু অনিমক খাচিক্লা মালং য়েৎত্রে লৈমননা খমকোন খমকোন ওইত্রে হুমমিন্ন। চীঙলেন লৈখননুং নুঙবী থৌদুনুং থৌদু নুঙঙৌ য়িচিক নুংগী পোইরৈ খুনথোকলকঙে । মালেম লৈকন য়ান চীঙলেন ফৈতুপ কক্লা লময়েন্নঙমএ । অদুনোংগীবু খুলকুম ও কৌববু ময়িম লোইবী মনিল নাইবনা থোংকম ও কৌএ । ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*খোইয়ম লাইয়িংথৌ লৈপাক লৈখোমনা লৈ চিনবগুম তোমথিন নম্বনা কুরুম চীংঙদোমপোক্তা থৌদাবা নিংথম কালেন অনীগী ঈশিংবু চাকওইনা চাবা থকপা লাইনিংথৌগা, লাইনিংথৌ লাংবুম অরিবা নোংথক্তা ঈশিং লৈহনবা খুন্দা লৈতারকপদগী ইরিন মরুদা থবক তৌবা লাইনিংথৌগা, লাই অনীমক্লা ৱাখল তৌদুনা য়েত্তা লৈরে লৈমিন্না ওইদা হুল্লে হুমমিন্না চীংগী নুংবী নুংঙৌ মনুংদগী খুম্বোকলকঙৈদা লৈপাক তৌদুনা চীংবু ফৈনা কক্লগা লম য়েন্নরম্মী । মরম অদুদগী খুলকুম কৌববু খুনজাও লৈচাওবা চীংমী কাঙবুনা থোংকম কৌখি।*

## থোংতু (থোংজু)

হিথেল মতাইমাতি । নোংয়ায় খুমননিংথৌ য়াইথিংপা উসোনপানা মরান পামেল উহোঙকে হায়ঙৈতা। লৌয়েংপা ময়িমফম হাওপা সেরা মকায়ফমকী পামেল উকারোংপাপু হোইয়ালএ। খোংচি নারেংলোন উনৌ খোংচাসম ঔরী লীয়াইনোপনা পামেল হোইরকপাতা । ময়িম নোংয়াই উরাউপা চৈরৈ ফিতুং খাউওননানা পামেল উমিংথানা থারাউএ। তলা থানচেনপা তলা মিংথা লাউনাপানা পোইরৈ য়িরেং অনৌপাপু চুকওইনরকলে । খমলাং অনৌপাপু থানওইনারকলে । অসুম পামেল মিংথা লাউরকপাপু থোঙাপানা নাতাইএ য়াইচমপানা নাতাইএ। থোংলেন য়াইচমপানা ৱা তাথিখিএ । থাংলেন মখুৎসুনা হীরী খোংচি য়ানফৎলে ।

নোংয়াইনা তেংথানা খোঙপু থোংও কৌএ নোংয়াই পুমনা হুপনা তুরে অতুনোংকিপু থোংতু ও কৌএ ।
***( তোরৈরোল লম্বুবা )***

*হিদেল অমদি খুমনানিংথৌ য়াইথিংবনা উহোঙগে হায়দুনা লৌয়েংবগী য়ুমফম অমসুং হাওপা সেরাগী লৈফমদা উ কারোং য়াননি । উ কারোং অদু নারেং হুত্তুনা থৌরী পুল্লগা ময়াম হৌদুনা চিংলকপদা ফি খাউওন্নবা খুমনগী উরাউবনা উ মমিং পন্দুনা লাউরকই । উ মমিং থাদুনা লাউখোংনা চিংলকপদগী মপা মপু লৈখিদবশিংসু নীংশিংদুনা লাউরক্লে । উগী মমিং থাদুনা লাউদুনা চিংলকপবু খোঙাবা য়াইচম্নবা তাখি । খোংলেন য়াইচম্না শাউদুনা উ চিংলিবা থৌরীদু থাংনা য়ানথৎলে । খুমন্না হায়নবা খোঙবু খোং কৌই । চিংলক্লিবা থৌরী য়ানথৎপদগী খুমন পুন্নমক হুপ্পা তুরে । মরম অদুদগী মফম অদুবু খোংতু কৌখি ।*

## থোংথোক ঙাপুরম

লাইরেল মৈতেংঙু লোইনাই থাৱাল থাবনা লোললোই ঈয়েবীদা লেমলৈ ঙাথৌদা লোইবী চিঙদা কানা খৌশাথবদি । লোললোই মদাইমা তোলপা নামফেৎ তৌরেলখোমবু মচিঙলেন মরোং মপুঙয়াইদা । তুবি মৈনাওৎথিঙকু মথি নাই চুঙলেপ হুমফুচোং কাওরেল শলখাঙ তরালান খংনংলৈদা লেংনা খৌশাথবদি মরোং য়াগা চাইরে । হুয়েন লান্নিগীদি নাখুবী নাখুবা মোইকায় মচন ফেনলোংতাওবী হাওবা থিকপা লালথৌয়াঙবু কাইনা হুল্লে । মরোং মীকোক চাশিলহৈবা মেৎচা শেন্না হুইরোং তাওবা । অহিংশুবা শলমা ফংবা নোংথিলশুবা নাইমা ফংববু লুরক কাংদৈথিদা খৌনাও লোলথোঙ লেন্দনা পনম কাইথাঙ লৈনাশা ঙারা পৌতোংলোন লেমলৈ পোৎতমশেম মরোং মীকোক চাশিলহৈবদি কাইবু শানা হলৱাইরকয়ে । অদুনোংগীবু নোংচুপ মরোং কাইবুরম থোংথোক ঙাপুরম ও তৌনা কৌয়ে । ***(নিংথৌরোল লম্বুবা)***

*লেমলৈ ঙাথৌদা - ঙাগী লোইপোং থৌদনা । মৈনাওৎ - থুগাই চখাইদুনা । থিঙকু মথিনাইনা - য়াম্না কন্না ঙমজবা মখৈ হৌনা, শাথীনা শাওনা । পনম কাইথাঙ - কু।*

## থোংলেন অথৌবা তুনরম

লমলেন মদাইমা থেংকু কোনবু নাতৈনানা খুমন য়াইথিং অয়মপা কাপনরম কেগে থোংলেন অথৌবা তুনরম ও কৌবদি কদৌনোংগীনো । কেগে থোংলেন অথৌবনা হুয়েল লান থিরকপাতা । খুমন য়াইথিং অয়মবাসুং খোয়মা নারকনুংদা য়াওরৌ সাথিঙমবদা য়াংলৌ লমখাঙমাদা লমওকনারাবগী । খুমন য়াইথিং অয়মবদি থৱাই মিরেন পায়না অকি পুক্লিং চঙলবগী । সমু নিঙচিৎ নিঙচিৎনানা খোয়মা নারোন্নুংদা চঙখিববু । কেগে থোংলেন অথৌবনা তাঙচা খোঙখুল লীনা চঙখিরবদা । খুমন য়াইথিং অয়মবনা খোয়মা নারোননুংদা পানবা লমফম তমনা । লীরী থমোইতিং লকা তেনমৈ চপ লীচিং নাকোংফংনা তেনথাঙমলবগী । কেগে থোংলেন অথৌববু লাবা থনুং থীৎনা লুতুরে হায়বগীবু । খুমন য়াইথিং অয়মবা কাপনরম থোংলেন অথৌবা তুনরম ও তৌনা কৌএ । ***(মোইরাং কংলৈরোল)***

## থৌতু নুংমায়চাম

হিথেল চংলৈমতি । চীংখোঙ পোইরৈতোননা লাংওললকপাতা । মৈতৈ লৈমা লৈনাউতাপীনা সানৌও তুরেল

মোংপা য়িপু ফৈনা থিংও । থিংলপাতা থৌতু নুংমায়চামপাপু লৈঙময়ে হায়রমএ । লমলেন থৌতু নুংমায়চাম ও কৌএ ।*( তোরৈরোল লম্বুবা)*

## থৌদু নুঙপে নুঙ

থৌদু নুঙপেও কৌবদি । চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী শিদববু খুনথিরকপদা তুরেল মোংবা ঈবু ফৈনা তুপনা লাইচা ইরানগে হায়বগী । থৌদু নুঙপু পৈনা লানলকয়ে থৌদু নুঙপৈ নুঙও কৌববু পোইরৈতা ফাথিবনা থৌদু নুঙপে নুঙ ও কৌয়ে । *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

## থৌপাল

ঙালবা কাচেং সাংপাকা ঙালবা কাচেংতেনবগা লাইজ ঈচোংনববু । ঙালবা কাচেং সাংপদি অচাও পায়বুরোনবা অসাংলমবু ফাবনিগীনা লাইজ তাংসকতা ঈমু মীথাদনা লাইজ ঈচোংনববু। মারম থৌপাল লমনা চুমবনিগীনা তৌসীকনে লাইজ ঈদা তারে । ঙালবা কাচেং তেনবদি চেংলৌ হাকনাখু পুনুং লেপনা তেনবনিগীনা কনবু নুংবু সংনা লাইজ ঈচোংববু লৈরাই মুংবিথকতা পাললে । মমিৎ মমায়সুঙ করম পানবনো থৌপাল ও তৌনা কৌয়ে । নোংয়ায় মীকৌনা খুমল তেংথানা সীঙনাংবু নেমবী খীকলোয়বু উসাং ও কৌয়ে । ঙালবা কাচেং সাংপদি সীঙনাং নেমবীনা খীকলোয় উসাংনা তাউবকুম তাউথাখিয়ে। অদুনোংগীবু নেমবী উসাংতাউ থৌপাল কৈমায়পান কাচেংলৌ থৌপাল ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*ঙানবা শলাইগী কাচেং সাংবগা কাচেং তেনবগা ঈশিং লান্না চোংনবদা কাচেং সাংবদি মশা ব্রাং চাউবনিনা থৌশাদনা চোংবদগী ঈশিংদা তারে । কাচেং তেনবদি মশা শোনবা অমসুং ব্রাং চউদবনিনা থব্রায় ব্রানা কন্না চোংবদা ঈশিং লাম্ব্রোক্লুনা লৈরাইদা তারে । অশোনবা অসিগী মমিৎ মমায় মপাঙ্গলবু করম্না পানবনো হায়বদগী থৌবাল কৌখি । খুমনগী মীনা হায়নবদি শীঙনাংবু নেম্বী, খীকলোয়বু উশাং কৌই । ঙানবা কাচেং সাংবদি শীঙনাং নেম্বী খীকলোয় উসাংনা তাউবপ্তম তাউথখি । নুমিৎ অদুদগী নেম্বী উসাংতাউ থৌপাল কৈমায়পান কাচেংলৌ থৌবাল কৌখি ।*

## থৌবাল হাওখা

মৈদিংঙু ইবাম্বাবা (খৃ: ১১৬৩ - ১১৯৫) না নিংথৌ ওইবা মতমদা নিংথৌ লৈবাক্তগী স্নাগী শগোল অমবু থৌবাল হাওখাদা তারক্লে । নিংথৌনা নিংথৌ লৈবাক্তগী স্নাগী শগোল অমা তারকয়ে হায়বা তারদুনা । লৈবাক্কী অহৈ অশিং কৌরদুনা করিগী তারকপনো হায়না হংববু । কনাগুম্বা অহৈবনা অশিংবনা হায়বা ঙমদরে । নিংথৌগা লৈবাক পুম্বগা চত্তুনা স্নাগী শগোল অদুবু খুরুময়ে । অদু খুরুম্লগা শগোল অসিদি লাইনে মতোম্মতা লৈবা য়াদে হায়দুনা । থৌবাল কৈলাম্বীদা লৈবা হাও য়ুম্নাক তরাদং শগোল অদু শঙবা লৈহল্লে হায়বগী থৌবাল হাওখা কৌএ । *(মীয়াং লারৈ লাথুপ)*

## নাতোকপা খোং

শেল্লোয় নাতোকপা খোং ও কৌবদি কদৌনোংগীনো । নোংয়ায় সুলাংসুম মনাউ অতোল ব্রাহংখোং অমো মৈতাংবা নোংয়ায় থোংবু অরেম্বা তাউজীং হৈপাম্বনা । ককলৌ চুমলাংপানবু তাউজীং হৈকুম খজিকলবগী নোইনু খুত্তাশুনা তাউজীং হৈচানগে লাকপদা । মৈদিংঙু লোইনাই থৌব্রাম্বাবা লাইরেন তেনলোঙতেকপা ব্রাকাউদবানা থাঙলেন মখুৎশুনা মনপথোক্লা য়ানথুঙামএ । অদুনোংগীবু নপথোকপা খোং ও কৌববু পোইরৈ তাবাথিবা ব্রাংঙম হাইমন তানবনা লংমাই নাতোকপা খোং ও তৌনা কৌয়ে।

*(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

*নোংমাইজিংগী লম অমবু নাতোকপা খোং কৌবদি করিদগীনো । খুমন সুলাংসুম মনাউ অতোল ব্রাহেংখোং অমোম মৈতাংবা খুমন থোংবু অরেম্বা তাউজীং হৈ পাম্বনা, হৈ চানীংবদগী কক্লৌ চুম্লাং মপালবু হৈগুম্না চানীংলবদগী খুত্তা থুম পায়দুনা লাকপদা , মৈতৈ নিংথৌ থৌব্রাম্বাবনা মাগী অথৌবা থাংনা মনপ মতিল থোক্লা য়াম্লুরে । মরম অদুদগী নপথোক খোং কৌববু মৈতৈ ব্রাহৈ শৈথা হৈবনা নাতোকপা খোং কৌখি ।*

## নমচাউ

খুনচান নিংথৌ পানাপাকা মসানৌ থাংআতোনকা য়াওরৌ সানাপাতা । হয়িৎ মখোয় ফোয় হয়চাং মমায় লেলএ হয়চাং মনম চাউরে নমচাউ ও থোননৈএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## নমপাৎ

খুরোই কাওরেল সলসেনবকা মালতিং নহা কাওরেল সলসেনবকা মনম মথা পৎনা য়ৈরমএ । নমপাৎ অচলবনে । তুবী হিথোকপাৎ লাইরেন হিফৌকোলনে, লাল্লোই নেমপী পাৎনে ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## নমবুন

হাওরৈ নোংচুপ পাংবরম লাইরেন মৈতেংঙু থব্রানথাবনা অয়ুক চামায়রাংনা । লাইরেল ব্রাকয়ৈ মখুনেৎ

কবুইঙন্থা সনা শাজল খোঙদাংববু কাইনা হলবা হিবু ব্রাকয়ে খোঙওইননা ছয়েল লান্দাখিয়ে। নোংয়াই হাওদা কোইবা অতোল হাওদা কোইবা তোংজেং নাওমৈগী অরোল লিকনমবা য়াইথিঙ কাওরোংশু নিঙোল কোম্নুশুবু। লাইরেল মৈতেংঙুনা ব্রাকয়ে তেংমাইথক্তা শম তুংবুম্ননা পুল্লকয়ে লমবুন ও থোম্নয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## নম্বোন

(১) য়াইফুরোন তিমেনবা চনুনা থোংলেল লৌসিচাক অসিবু। থংলেন লুব্রাং কাংবা নাহাগী নমদা হাংদবু করম মানবনো হায়না নমনা নমনা চেনখিএ। নম্বোন ও থোম্নেএ। *(লুরাংলোন খোংকুল)*

*য়াইফুরোন তিমেনবা চনুনা মপুরোইবা লুব্রাং কাংবা নহাবু খিরকপদা, থোংলেন লৌসিচাক অসিবু ইপুরোইবগী মনম অহাংববু করম মানবনো হায়না নমনা নমনা চেনখি হায়বগী নম্বোন থোনখি।*

(২) নোংবানলোন নোংমোইনু অহোংবী মপারি ঙাংঙোই য়োইমোংবগা মশানৌ য়োইহৈতোন তাউথিংমাংগা মচিন মনাওনা য়ামলা খোংফৈ চিরোনচল, শিংঙুৎ নাচুংয়ৈ, খরাই চাংদোন খম্না লুফুই নামথুম্বা, শোইরেল খমঙাক্তুনা লেমলৈ অকাববু থৌথিংবা ব্রানজেং অহাংববু থৌখামদুনা ঙা অমত্তা হেন্দোকহন্দনা থিংদুনা ফাবদা। ঙা য়াম্না ফামনখিবনা পুবা ঙমদদুনা চরৈ ফিদা য়োমদুনা মচিন মনাওনা শমু নমদা পোদুনা পুরকই। লেমলৈ ঙাবু শমু নমদা পোদুনা পুরকই হায়দুনা মফম অদু নম্বোল কৌখি। *(লম্মীৎলোন)*

## নমফা

পোইরৈ মৈতৈ চিমরাং অথৌবগা নোংয়ায় খুমন কাংচিন অথৌবগা লমওক্লরে। লময়াই চিমরাং অথৌবনা পাথৌ নোংয়ায় কাংচিন অথৌবাও পোইরৈ অয়ুমনাক ব্রাংঙম ইকাইফম অসিদা কদৌরবনো পাউহংখিয়ে। নোংয়ায় কাংচিন অথৌবনা পাউখুমলকয়ে। হোয়দা পাথৌ লময়াই চিমারাংবাও লমলেন লোয়য়া কাংঙমুং অসিবু পোইরৈ নকাইফম ব্রাংঙম নয়ুমনাকপু নত্তবনে। পথুপ নোংলোন লেম্বা থায়ান হাওরোক ময়ুমনাক কোম্ন্থৌ মকাইফম অসিদি হাকুম ঐগী লময়াই শাম্নফম্বু ওইনা লমজল্লবনে। নয়ুম পোইরৈ নরমখৈদি থিংগোন অসিরেং য়াওরৌ শায়েংকাই কাইবী লৈয়ানখোং শিনাই খোইরিশুম্বা ছয়েন লানয়েংকাইনা খৈরবনে পাউখুমলকয়ে। লময়াই চিমরাংবা অথৌবনা পাথৌ কাংজিন অথৌবা ও। লমলেন লোয়য়া কাংঙমুং অসিদি হাওরোক অয়ুমনাক কোম্ন্থৌ ইকাইফমনে। নয়ুম নোংয়ায় নরমখৈ খুমন নকাইফমদি নোংয়ায় য়াওরৌ এলহাইচীং খুমন ঙৌবোংবা মশোয়মাঙ। পাশি খোলব্রাং খাইব্রাংবা মৌকিশাং লুব্রাং চেঙঙা খোঙতেকচনু য়ারা খম্বনখিবি মরমখৈ। লাংগোই শগোল অপাইবা থৈথচীং সেবুলৈমা মচীংজীন ঈরোংলৈমা তেলব্রাইখা সনা হাইনুমন। লোকপা ফৌওই চীং ঈশোক লাংয়াথেন য়াওরৌ সনাপন। হাওগৈ য়াইথিংখোং চাউবা নোংমনব্রাই হাওকৈ কৈরেনপুং চুম্বা লমওনথোক মাম্লুলম্মহন লোম্লোই লম্মহম্না খৈরবনে। পাথৌ কাংচিন অথৌবাও লমলেন লোয়য়া কাংঙমুং নিংথৌ য়ুকাংবা ময়িমনাক অসিদি পোইরৈ নরমখৈসু নত্তে খুমন ইকাইফমসু নত্তে ময়ুম কেগে মোইরাংলমনে। তৌইশুম পাথৌ ইরিংঙা হয়েংকৌবা ইনুংসোয় সোরাতৈমা ওল্লবদা অয়ুক চামায়লাং খোমলেন মঙখৈননা লমলেন লোয়য়া কাংঙমুং অসিদা তলা চকময়ুং নাপাকপা পামেন

উতোনথক্তা পাকোন ঙাইথোমনা খোইফাং চেপথেৎননা লমকন হানববু য়েংনসে হায়না তেমশীংনখিয়ে। হয়েং কৌবা ইনুং সোয়রবদা অদোন কাংচিন অথৌবদি অয়ুক চামায়লাংনা খোমলেন মঙখৈননা চীংলেন নোংগা ঙাল্লক্লবদা। মরোং চুংশুদা তিমেন তাশুদনা অচেন থংলৈ য়াংনা লোকলৌ খুতোনফুনা তলা চকময়ুং নাপাকপগী পামেন উতোনথক্তা খোইফাংচেপথেৎনা লময়াই কাইমুনঙমলে। পোইরৈ মৈতৈ চিমারাংবদি মরোং ঙক্তা হুক তিমেন মাঙয়িন্নবা কোম্না লমকনলৈয়ে। অদোন কাংচিন অথৌবদি পামেন উতোন তোংনা পাওমেনঙম্মে। পাথৌ লময়াই চিমারাংবাও লমলেন লোয়য়া কাংঙমুং হাওরোক নয়িমনাক অসিবু নোংয়ায় ইরমখৈ খুমন ইকাইফম্বু ওইরবনে। ঐনা হান্না খোইফাং চেপথেৎনা লমকল্লে। অয়ুক চামাইরাংনা খোইফাংচেপথেৎ হাল্লবনে হায়খিয়ে। লময়াই চিমারাংবা অথৌবনা নোংয়ায় নরমনিকুমপাসুং তৌসুনো খুমন কাংচিন অথৌবা মরোং চুংশুদা তিমেন তাশুদনা পামেন উতোনথক্তা খোইফাং চেপথেৎননা লমকনথৌবাও। পাথৌ নঙদি অসি কোরৌ নুমিৎমাদা ব্রায়রা ইশানে হুয়েন ইরাম্নে। খোকখৈ লম্বু ইখুৎশু অসিনা তিমেন ঈঙাঙতৈনা চৈপীগে হায়খিয়ে। নোংয়ায় কাংচিন অথৌবনা পাউখুমলকয়ে। হোয়দা পাথৌও ঐদি মরোং চুংশুতাম তিমেন তাসুঙ হাঙলে। কোরৌ নোংদা কাসে কাফরোইয়ে মালেম লৈদা লিৎসে লিৎফরোইয়ে। কোরৌ অসিনোংদা ব্রায়রা নশাওই হুয়েন নরানওইববু খোয়মা ইমাইওন য়ামচেং ইনম মূকলোইয়ে। নমোম লয়োন মোমনু তাল্লোয় ইরুপ্পীনা তরা চয়োমলকপা ব্রাংলৈ খোমহাল্লকপবু লৈয়ে। তরা খুৎপুন পীমনা ব্রাংলৈ চীনখুন য়োংমন্নখিসে তিমেন নখুৎশুবু লাপনা হুল্লাল্লকও। ঐদি মালেম লৈদা তারগে হায়না খোয়পুং মরৌ চাওনা পাওমেনখিয়ে। নোংয়ায় কাংচিন অথৌবা কোলোয় মতিনমেনবু লময়াই চিমারাংবনা তিমেন মখুৎশুবু ককলৌ মানবনথক্তা হুস্থখিয়ে। অদোন কাংচিন অথৌবা পাম্বা কৈচেংলাংকুম্বনা পামেন উতোনথক্তগী শমু খোঙচোংনা পোইরৈ চিমারাংববু নমনা ফারে। অদুনোংগীবু নমফা ও তৌনা কৌয়ে। পোইরৈ তুংইন্নবা ব্রাংঙম শীংচা ব্রাইকোইবা য়ামনা লাকয়ে। অদোন কাংচিন অথৌবনা লময়াই চিমারাংববু লুরক কাঙদৈথি খৌনাউ লোনথোংলেন্দনা হনব্রাইখিয়ে। অদুনোংগীবু পোংলান লমওস্থোক ও থোম্নেয়ে। *(চায়নরোন)*

## নমফাইরোং ফাইরোং লমপাক

লোইবী মখনমদি হেমবা নমফাইরোং ফাইরোং লমপাক ও কৌবদি। নয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোন খোংফাং অতোনবনা চীংবুরোই তমবু কোম্না। পলেম মমা লাইকোইথোং খুয়া থাওবী মাব্রাক চামনা খুনথিরকপদা অব্রা হকনা চোক য়েনবী তোম্না হুইরে। খুদাং হংজৈ চোকলবগী কোরৌ নুমিৎ নিনিবু নমনা নমনা ফাইরময়ে। হেমবা নমফাইরোং ফাইরোং লমপাক ও তৌনা কৌয়ে।

*(পোইরৈতোন খুস্থোক)*

***পলেম ... মাব্রাক চামনা - মমানা পোকপদগী লোয়নরক্লবা খুয়া পাসিন তুমসিল্লবা ফাওবা। য়েনবী তোম্না হুইরে - মপাঙ্গল ময়েং তারে। খুদাং হংজৈ চোকলবগী - খুদাং চোক্লবগী। নমনা নমনা ফাইরময়ে - হক্সিন হক্সিন লৈরম্মী। হৌজিক্তি নম্ফালোং হায়না খঙনরে।***

## নমফৈ

মোংবা তোরয়মাদি নামফৈও কৌবদি। য়াইথিংবা উসোনবনা ব্রাকয়ৈ খোঙওইনানা নোংয়াই

খুনকুমলকপদা। হাওসিবা তোংচেং হিনাউ সাবনা তেকপি ওকলাকোনদা চোংথরৌএ । অদোন য়াইথিংবা ব্রাকয়ে মখুনেৎপু ফৈরমএ নমফে ও কৌএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## নময়াই চীঙ

থাঙব্রায় মদাইমদি নময়াই চীঙও কৌবদি। লোইমোম ফৌওইবীনা কোরৌ নোংশামৈদা মানম মাথা য়াইরময়ে। অদুনোংগীবু নময়াইচীঙ ও তৌনা কৌয়ে । *(থাঙব্রায়রোন)*

## নমু পোংলাউফম

শেল্লোয় মদাইমদি নমু পোংলাউফম কৌবদি কদৌনোংগীনো। তাইবং নমু পোংনাউ পঙ অপঙবনা খাম্বী মৈশু থোকলবগী। শেল্লোয় নাকপক মারোন হু লংমাই খাম্বী মরাঙহৌনা শেল্লোয় মৈকারাম্বা লম চীংঙু য়োইকোনুংবু য়ৌফদবগী। খোইমোম য়াইকোন চঙনা মালেম লৈল্লা অঙাঙবা কোরৌ নোংলুপান অঙৌববু। চীংঙু মমাইবগা অব্রাং কোরৌ নোংলম্বুগা অনীমনা কোল্লাং খুত্তা পায়না সনা কোনগা হুন। নমু পোংব চাসুং শমু তুংবুম্না শমলাং তারৈননা নোংথৌ কাসাতাকনা নমু পোংলাউরমএ অদুনোংগীবু অব্রাং কোরৌ নোংলম্বুগা চীংঙু লাইরম্বুগা নোংথৌ কাসা পাউকা তাকনা নমু পোংলাউফমনে।
*(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

*খাম্বী মৈশু থোকলবগী - মৈ থারুবগী। শেল্লোয় নাকপক মরোন হু - নোংমাইজিং চীংমাই থুংনা চাকপা। খাম্বী মরাঙ হৌনা - মৈ কম্না চাকপা। মৈকারাম্বা - মৈ মকালাম্বা। চীংঙু য়োইকোনুংবু - লাইকোন মনুংবু। য়ৌফদবগী - য়ৌবা য়াদবগী। খোইমোম য়াইকোন চঙনা - লাইকোম্নুংদা চঙনা। মালেম লৈল্লা অঙাঙবা - সনা । কোরৌ নোংলুপান অঙৌববু - লুপা অঙৌববু। চীংঙু মমাইবগা - লাইগী মাইবগা। কোরৌ নোংলম্বুগা - নোংগী ইরাৎ থৌনি তৌবগা । কোল্লাং খুত্তা পায়না - সনা লুপা খুত্তা পায়দুনা। সনা কোনগা হুন - সনা লুপানা কোনয়াই হুনবা। শমু তুংবুম্না - মখুৎ তুংদা পুম্না। শমলাং তারৈননা - মশম য়েৎশিন্দুনা। নোংথৌ কাসা তাকনা - শোরারেন্দা তাক্লুনা।*

## নমু পোংহাওকাই হাওকাই পোংমা হাও

মৈতেংঙু হোঙনেময়োই খুনজাওনা নোংয়াই সেনলৈপাককী মরান খুনকারকপদা। ময়িম লোইবী মারেম কারিং সোংপু হাওচোঙ নুঙপু কাইনা মুকতিনা থারিং থারাংনা। পানবোল সিংপোলকা হৈপোৎ লাপোৎশেম খাংখা খামেলপোলগা য়াওনা। লাইরেল মৈতেংঙুবু লেংনা কাইনা পুরুমঙাময়ে। অদুনোংগীবু লমলেন পোংহাওকাই হাওকাই পোংমা হাও ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## নহামৈ

নহামৈ ও কৌবদি লাইরেল নহানা পৈনা লৈরমএ হায়বগীবু নহামৈ ও তৌনা কৌয়ে।
*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## নাউথেমচীং

হাওনু তোনভৌনু লৌথিপীনা মপারীসুং মসাৎতা মমোমাসুং মফুইতা। থৌতু নুঙতুমমাপু নমদাপোনা

পানপী নিঙপাকপাপু থাতা পমনা নাউথেমখিএ। য়িতু চোথে পাখংপাব্রো হয়েং নমোম ঐনা সেনেমসে হায়ঙৈতি সেনেমলকব্রো সেব্রাংসে হায়ঙৈতি সেব্রাংলক ও হায়না। মতু চোথে পাখংপাপু লনকৌখিএ। সমপুম মতাঙমাপু হুললকএ। অতুনোংকীপু চোথে নুংসুকচীং পানপী নাউথেমচীংব্রো কৌএ।

*(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*হাওনু তোনতৌনু লৌখিবীনা মচা পোক্তবদগী নুংঙাইতদুনা নুংদুম অমা নমদা পো পান্দুম অমনা মথাদা পন্নগা নাউথেমখি। হে ইবুং চোথে পাখংবা হয়েং নচল ঐনা নেমথসি নেমথবীয়ু, ব্রাংখৎসি ব্রাংখৎপিয়ু হায়দুনা মবুং চোথে পাখংববু নীংনা নীংনা নাউথেমদুনা কৌজখি। সমপুম মতাঙ অমসু হুন্নকই। মরম অদুদগী চোথে নুংসুকচীং পানবী নাউথেমচীং কৌখি।*

## নাউসুংপুং

খুয়োন কংলৈ মদাইমাদি চিবা নাউসংপুংও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহাননোং হয়িঙৈদা লব্রাই য়ুপুংকোয় য়ুনারেক চিবা মৈসাংবনা চাপু নাউপু তমনা খোয়মা লাংখোঙ পায়না চাপোক নাউসং তমলময়ে হায়বগীবু চিবা নাউসং পুংও তৌনা কৌএ। *(মোইরাং কংলৈরোল)*

*খুয়োনগী মতাইথংবা লম অমবু চিবা নাউসংপুং করিদগী কৌখিবনো। থায়না মমাংঙৈ উচি মমৈ শাংবনা নাপী লাংগী মখোঙদা মচা পোক্রম্মী হায়বগী চিবা নাউসংপুং কৌখি।*

## নাউরেংপায় লেংপায় লমনুংসি

কেকে কাইমু য়িমকাপামপাকা খুয়োল সামু নাউসাথিপাকা মোইরাং ঙালপা থাঙলৌকোইকা অহুমমানা। সেলপী তমতা তা,কপো তমতা কুমনা সেলপী ব্রুতোয় মপুঙয়ায়তা লাংকোই সাতিকলুপাকী মারাল ওনতেরকপাতা। খুয়োল সামু নাউসাথিপাকী মোমনু তানলোই মারুমপী খমকোই খারঙ চানুনা য়াংলৌ লমখাঙমাতা লমওকনারে। হে য়িতুনিংথৌ কেকে কাইমু য়িমকাপামপাও। সেলোয় নপাতাউ য়িথংলেন খুয়োল সামু নাউসাথিপাতি কাতায়নো হায়না পাউমেলপাপু। হোয়তা য়িমোম খমকোই খারঙ চনুও। নথংলেল খুয়োল সামু নাউসাথিপাতি সেলপী নুরাইতাঙনা ঙমপললৌরে হায়থাপাতা। য়িথংলেল খুয়োল সামু নাউসাথিপাতি সেলপী নুরাইতাঙনা ঙমপললিরোইয়ে। য়িতু নিংথৌ নঙখোয়না লাংকোই সাতিকনারুম লাপানরিঙৈনে হায়না। ময়িম কেকে তেংথানা মোইরাং মীকৌনা লেংপানপু নাউ ও কৌয়ে। লেংপান নাউপু পায়না কোলনা কনপু নুংপু সংনা কপলময়ে। অতুনোংকীপু লমলেল নাউরেংপায় লেংপায় লমনুংসি কনসোয় লৌতাইচিঙ ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## নাউথিংখোং

নাউথিংখোংনা য়ুলানুদা (হাওনু লাসংনু) য়াওং ইনবা লাকপদা ঈশিংখোং শেন্নময়ে। নাউথিংখোং (খোং) কৌয়ে। *(লম্মীৎলোন চেথুপ)*

## নাউব্রা খোইমোমলান

হয়িঙৈ তমফা ব্রাঙমলোন তুবী ঙাংয়েক চনু তৌরা নোংতংলেংবীনা নাউব্রা অপিশক ওইনা লানখিএ।

নাউব্রা লান ও কৌএ । খোইমোম লাইবু ওইনা লানখি এ খোইমোম লান ও কৌএ।

*(লুব্রাংলোন খোংকুন)*

## নাগা

ময়িম শেল্লোই লংমাইদি থাঙঙা মচীংশাং খুনফম মকাইফমগীবু মরান ওন্দেরক মচেঙ হনব্রাইরক্লবদা। লাইরেল মৈদিংঙু উরাকোষ্ণৌবনা খোয়মা লাংখোঙ লেঙ লাংফম মখুমহাংনা শেল্লোই নাফানিক লংমাই শিফা নীক্লে। শেল্লোই লালয়াম ফারে ঈমু নাফা নিক্লা ঈহাং ঈচেন্নরে। তিমেন তাখোম থুম থাঙলেন খুৎতুম ঈঙাঙপক লালু চোমায় ফোয় । পোইরৈ থাঙলেন মখুমহাং কবাক চেংলৈ পানগুম নমনারৌয়ে। ময়িম শেল্লোই লংমাইবু পুথাপ লমশল ওই মংলক লান্না য়ানগুম্নবু য়াম্নরে। পানবী য়েন্দেম শোই মৌবী পোঙশঙ য়ানগুমলে। ময়িম শেল্লোই লংমাইনা খোয়মা নারক চঙনা চেল্লবদি লাংবল কাওরেল শল লৌচঙবা লোইমোম পোঙশঙ শায়বগুম য়ৈনরে। লংমাইনা লাইজ ঈদা কুমনা চেল্লবদি লাংবন ঈকাঙা ঙাসিং খমদৌবীচা য়ৈগুম য়ৈনরে। ময়িম শেল্লোয়না চীংদা কানা চেল্লবদি পোনবী শোইবোন তান থুমনাউ কোকপাকপীচা য়েম্নাউ য়াঙশং তানগুম তাম্নরে। ময়িম শেল্লোই লংমাইগী মহীনা খোয়মা নাদা কারে নাগাও হায়দবরা । *(নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা)*

*নোংমাইজিংদা লৈবা মীশিংনা থাঙঙা খুনফম চীংশাং লান্দাক্ররগা ময়ুমদা হল্লকপদা, মৈতৈ নিংথৌ উরাকোষ্ণৌবনা নাপী অশোংবদা লুমলম্বদগী চোংথোরক্লনা লাল তৌনবদা নোংমাইজিংগী কাঙবুদি তৌফম খঙদনা অশি অনা থোক্লে। শেল্লোই লালয়াম ফাবগা লোয়ননা অশোক অপন অশি অনাগী ঈনা ঈচেন নাইনা চেল্লে। থাঙ তানা থিনব য়ানবগী খুৎ ঈতৈনা মকোক কক্লে। মৈতৈনা থাং শক্লনা শেল্লোই লংমাইবু ইথা থাজদনা য়ানবা য়াবা য়াল্লে। লংমাইনা অশোঙবদা চেল্লবদা লৌ চঙবা শলদা ফুবগুম ফুরে। ঈশিংদা চেল্লবদা লাংবন থাগী ঈকা ঙা ফাবগুম ফারে। চীংদা কাদুনা চেল্লবদা উচেক শোইবোন য়েম্নাউ তানগুম তাম্নরে। শেল্লোই লংমাইশিংগী ঈনা নাপী মনাদা কানা তৈরে হায়বগী নাগা কৌখি ।*

## নাকপক

হিথেল নমসাংমাতি অসাইঙৈকী লোকখা ব্রায়ানপা হাওখা ব্রাপুপাপু তাংচা লিলাথিনা নমু নাতা চীকপাপু। থাঙলেন মখুৎসুনা লেনথোকলাপাপু মালেম লয়তা তারে । চীংসাং নাকপক ও তৌনা কৌএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*হিদেলগী অতোঙবা লমশাং অমদা লোকখা হাওখাগী ব্রায়ানবনা ব্রা পুদুনা লাকপদা লিলনা মনাদা চীকপবু থাঙনা হাইদোকপদা লৈবাক্তা তারে। মরম অদুদগী মফম অদুবু চীংশাং নাকপক কৌখি।*

## নাচৌ

লমলেন মদাইমদি নাচৌও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কেগে মোইরাং নিংথৌ থিঙক্রি নাচৌবনা চামলৌ লাকোল লিংনা চংবী লাপান থাববু পুনুং লারাক মাসুঙ করম চাওবু চাওবনো হায়বগীবু লাচাও ও কৌববু পোইরৈতা ফাথিবনা নাচৌও তৌনা কৌয়ে। *(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

*লমদম অমবু নাচৌ কৌখিবদি করিদগীনো। মোইরাং নিংথৌ খিওক্রি নাচৌবনা লফু পাম্বীগী ইংখোন শেমদুনা লফু থাবদা মপাল ফাদুনা লা পাকনা চাওনা পাম্লকপবু করম্না লা অসিবু চাওরকপনো হায়বদগী মফম অদু লাচাও কৌখি। মমৈদা মৈতে ব্রাহৈ ব্রাতা হৈবশিংনা নাচৌ থোনখে ।*

## নাতুমচীং

থাঙব্রায় মদাইমদি লাংগোই নাতুমচিঙ ও কৌবদি। খোইয়ম লাইয়িংথৌনা পারে মখুল ইম্না লাংগোই মমৈ মানা তুমনা ককলময়ে । অদুনোংগীবু লাংগোই নাতুম চিঙ কাইপী লম্মহন ও তৌনা কৌয়ে।

*(থাঙব্রায়রোন)*

*অব্রাংগী লমদম অমবু লাংগোই নাতুমচিঙ কৌখিবদি খোইয়ুম লাইনিংথৌনা পরৈ ফজনা য়েংদুনা শগোলগী মমৈ অদু মচিন তুমনা কক্রম্মী। মরম অদুদগী মফম অদুবু লাংগোই নাতুমচীং কাইপী লম অহন কৌখি ।*

## নানপাতা

কেকে মোইরাং কোকপা ব্রাংপাকী মহুই খানপা অথৌপানা। খোইমোম লাইচমপু তাননারকপাতা । খোইমোম লাইচমতি লাইচা য়িতা নানথখিরে। লমলেন নানপাতা ও থোননৈ এ ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*মোইরাং কোকপা ব্রাংবগী খানপা কৌবা হুই অথৌবনা লাইরেল অচম্বু তান্নরকপদা অচম্বা লাইরেলদি ঈশিংদা নানথখরে হায়বদগী মফম অদুবু নানপাতা থোনখি।*

## নাপঙ খোং

তোরয় নমসাংমাতি নোংয়াই নাপঙপানা খোংমা তৌরমএ। নাপঙপা খোং ও কৌএ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## নাপচীক

মোংপা মতাইমাতি। লোকখা ব্রায়ানবা হাওখা ব্রাপুপাপু কোংয়াং ব্রাতাংনুংকী তাংচা নারিলসংতোংকোনপানা। সমু নাতা চীকলে নাপচীকও থোননৈএ । (তোরৈরোল লম্বুবা)

*তুরেলগী মতাই অমদা লোকখা ব্রায়ানবা হাওখা ব্রাপুবনা ব্রাপুদুনা চৎপদা ব্রাগী মতাং মনুংদগী নারিল কৌবা লিম্না থোরক্লুনা মনাদা চীকলে হায়বগী নাপচীক থোনখি ।*

## নাপচিক মতোল

কৌবা চীংশামদি নুংপান চৌপ্রিপা কাঙবী নোংলোই নাইবু ঈমু তোংগাচিং নাপ শিনসু চীকনা খাম্রমএ। অদুনোংগীবু কৌবা নাপচিক মতোল ও কৌএ ।*(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

*কৌবা চীংশা অমদি লুব্রাংগী চৌপ্রিপা কৌবনা কাঙনা নাপ্পদা চিকপবু খাম্রম্মী হায়বদগী কৌবা নাপ্পাচিক মতোল কৌখি।*

## নামফৌ

হেমবা মদাইমবু নামফৌ ও কৌবদি । নায়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোম্না মাসিল মানাম ফৌরমএ নামফৌও কৌএ। *(পোইরৈতোন খুন্থোক)*

*লাইরিক অমদা অসুম্না ই - চীংখোঙ পোইরৈতোম্না মশম মনমবু ফৌরময়ে নালফৌ ও থোময়ে।*

## নামতু খায়িপাল

হিথেল চংলৈমাতি নোংয়াইনা তেংথানা তুরেলপু নামতু ও লয়রায়পু খায়ি ও কৌএ । নামতু খায়িপাল ও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## নমফা চোংমাহল

হাওরৈ নোংচুপ পাংবলম লম্লেন লোইয়া কাংঙমুং নিংথৌ য়ুকাংবা ময়ুমনাকপু নোংয়াই লমজনগে হায়বগী তল্লা উতোনথক্তা নোংয়াই কাইয়েংঙৈ। পোইরৈ মৈতৈ চিমারাংবা লোইয়া কাইমুন থৌববু পামেন উখোংখাদা মশম মনা খোম্না চোংনা ফারৌয়ে নমফা চোংমাহল ও তৌনা কৌয়ে।

*(খুমন কংলৈরোন)*

*নোংচুপ মায়কৈগী চীংয়াদা লৈবা কাংঙমুং লম, নিংথৌ য়ুকাংবগীনা ময়ুম মনাক্তা খুমননা লম লৌশিনগে হায়বগী উতোনথক্তগী য়েংলম্মী। মৈতৈগী চিমারাংবা কৌবা চীংয়া তময়াদা লম লৌশিনবদা মথৌনা লৈববু উখোং অমদা মশম খোম্না চোংথদুনা ফাহৌই হায়বগী মফম অদুবু নমফা চোংমাহল কৌখি।*

## নামফৈ অচনবা

লাইরেন মৈদিংঙু অয়াংবা শরিচোংবনা ইদাইরেম অদোন য়াইথিংবা ও। নোংয়াই নপুঙয়াইদা নিংথৌ ফম্বাল হাংফরোই। নোংয়াই নপুঙ য়াইদা খুমন কুমথরো হায়না য়োইচানবীরবদা। অদোন য়াইথিংবা নুংনাং উশোনবদি ব্রাকয়ৈ খোঙওইননা নোংয়াই মপুঙয়াইবু ইন্দানখরবদা। মদাইরেম তোংজেং নাউমৈগী খুমু নৌজাওশুবা হাওশিবদি পোইরৈ মপললমবু নুংশিবগী তোংজেং নাউমৈথক্কী চোংথহৌরে। মদাইরেম হাওশিবদি লৈকু চোংথলাইবু ওইহৌরে । অদুনোংগীবু ইব্রাং চোংথলাই তুব্রা নামফৈ অচনবা কৌখিয়ে। *(খুমন কংলৈরোন)*

*মৈদিংঙু অয়াংবা শরিচোংবা - খৃষ্টাব্দ ৮২১ - ৯১০ ফাওবা পাম্লম্বা মৈতৈ নিংথৌনি। মৈতৈ নিংথৌ য়ারাবনা য়োইরুমলোন লাম্বাঙ পামদুনা পোকপনি। শারি লাংখোং চোংববু ব্রাংমা লাম্না চোংয়ে হায়বগী অয়াংবা শারি লাংখোংচোংবা কৌখি। অদোন য়াইথিংবা - খুমন নিংথৌ কোকপনা লাই ওইদুনা থুপখ্রবা তুংদা খুমন লৈবাক্তি নিংথৌ পান্দনা লৈরে। অঙম অথৌ লৈবাক মীয়াম তিন্দুনা নিংথৌ ফম্বাল হাওদনবা খম্নরকই। নিংথৌ কোকপগী মনাও খম্লাং অতোনবসু ময়াম্বগা য়ানদবদগী চীংদা লোংখরে। খুমন লৈমনা পোকপা অতোনবা অমদি মৈতৈ নিংথৌ অয়াংবগী মফমদা লোংতুনা লৈ। মহাকপু মৈতৈ নিংথৌদা হায়জদুনা খুমনগী নিংথৌ ওইহনসি হায়রুনবা খুমনগী লম্বু থাখ্র। মরম পুম্নমক খঙলবা মৈতৈ নিংথৌনা য়াইথিংববু নিংথৌ ওইরুনবা খুমন্দা থারক্লে। অদোন য়াইথিংবা*

*নুংনাং উশোনবনা খুমনগী নিংথৌ ওইদুনা পাল্লে।*

## নাসিতাউ

লয়রায় নমসাংমাতি। অসাইঙৈকি হুইতৌ খোংতেন লাকাপিচা মতাইরেম খুনচান লাইসুচা। লাইচা য়িরোননুংতা নোংহামপাকী কোনখাং মনাসিপু তাউখৎলকএ। লমলেন নাসিতাউ ও কৌয়ে।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*লাইচা য়িরোননুংতা নোংহামপাকী - ঈশিংদা শিবগী। কোনখাং মনাসিপু তাউখৎলকয়ে - নাদ য়ানবা লৈতেংবু ঈশিং মনুংদগী তাউখৎলকই।*

## নারিনব্রা

শোইপাইবা নিংথৌনা ব্রাংচীংদা পাল্লিঙৈদা নমু মীয়ামদা হায়দোক্নুনা। নিংথৌনা হাওরৈ নোংপোক লম পাংবদা তুরেল তৌয়ে। তুরেলগী কোলোয় মমিংথোংবু নারিনব্রা ও তৌনা কৌএ।

*(নিংথৌ কাওবরোন)*

## নারুম

নয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোম্না চীংবুরোই লাংওল্লকপদা। ময়িম লোইবী মারেমনা হেম্বা মঙাইরোইবু লুমনা লুমনা ঙাইঙম্ববু লমওক্লরে। চীংখোঙ পোইরৈতোম্না অরুম অখম লাইবু লাইথুংলে নারুম ও কৌএ। *(পোইরৈতোন খুন্থোক)*

*নবুথৌ চীংখোঙ পোইরৈতোম্না চীং অমদগী চীং অমদা লাকপদা, চীংমী মারেম কৌবা কাওবুনা লোয়নবা মমাম্নবশিংবু লোম্না থুগ্না ঙাইরম্ববু থেংনরে। চীংখোঙ পোইরৈতোনদি অরুম অখম লাইবু লাইথুংদুনা নারে হায়বগী নারুম কৌখি।*

## নারোং লমপুৎ

নারোং লমপুৎ লম্মহন কৌবদি লুব্রাংনাহা য়াওসু তালবনা য়াওরৌ সাপাললোক চকযোম খামবি মৈসা তালবদা য়াওরৌ সানীরোংববু ফারময়ে হায়বগী। মরম লমলেন মদাইমা অসিসুঙ মালবি লৈহোম পাৎকুম করম পুৎথাঙামবনো হায়বগী লমলেন নারোং লমপুৎ লমমাহল ও তৌনা কৌএ।

*(মোইরাং লৈকোয় পুঙ)*

## নাব্রা চেঙচামথোং

তারি নামোই মচল নাব্রা চেঙচামথোংব্রো কৌপাতি কতৌনোংকীনো। ময়িম নোংয়াই মনিন নাইপানা লংমাই খুনকুমকে। কাংব্রুক কাংনৌ থেংকে ব্রুফোং মায়সা তানকে ব্রাইকোকপা লমলেন চেনকে। চীংখম ব্রামৈ সমকে থৌপাল লাইচা য়িয়া হেপকে হায়পাকী। য়িনুং কৌপা সোয়রকলাপাকা নোংয়াই চীংসোং অসৈপানা অতোন মনিংথৌপু য়াহৌখিয়ে। নোংয়াই ইনিংথৌ অতোন পুনসিপাব্রো য়িনুংকৌপা সোয়রক্লে লংমাই খুনকুমলাসে। লৈমা তরামানা য়েনয়োম খোমহানপাপু য়েনয়োম খোমহান লোইরে। নিংথৌ তরামানা সারাউ লাললাউপাসুং সারাউ লাললাউ ঙমতারে। থাঙসাপা য়াংকেন

সুচানা লীসা তেনসা লোইরে। সিনাইপা থোংসুহনপানা খোঙখু য়াইখু মতোল লোমলে। য়োইরেন নেমপী সুচানা চানা থকনাপাপু য়াকৈরকলে হায়না য়াহৌখোনপু নাতাতরাপাকী। তারি নামোই মচলনা য়িনুংকৌপা সোয়তারিঙৈতা তরা চেঙচামপাপু। নোংয়াই মরমপু মাফোং সারামচা তরেৎসেনচাহনপা লাইরোং অতেপাচা পায়মা লিনতাং সাংপা চেঙপোন লৌয়ামপানা পাউহংখিয়ে। তারি নামোই মচন য়িমোম নাব্রা ব্রোইপীব্রো। য়িনুং কৌপা সোয়তারিঙৈ তরা চেঙচামপাতি কতৌপানো হায়না পাউহংপাপু। তারি নামোই মচননা য়িতু নিংথৌ নোংয়াই য়িরমপুব্রো নঙতি তাতরিবরা। তয়ম নোংয়াই মনিন নাইপাতি লংমাই খুনকুমকে কাংব্রুক কাংনাউ থেংকে ব্লুফোংমৈসা তানকে ব্রাইকোকপা লমলেন থেংকে। চীংখম ব্রামৈ সমকে থৌপাল লাইচা য়িয়া হেপকে হায়পাকী। য়িতু তারি নামোইকীতমকপু তরাচাক য়োমনাপাপু চেঙচামকে হায়না পাউখুমখিয়ে। অতুনোংকীপু তারিনামোই মচল নাব্রা চেঙচাম থোংব্রো মাফোং সারমচা পাউহংব্রাইব্রো তৌনা কৌয়ে। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## নাশিখুন

লংমাই চীংখনমদি ব্রাইরং নাশিখুন ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। মমা তমপাক লৈহৌনুচা লংমাই পাইবং লৌথিবনা য়াওরৌ শানাবদা ব্রাইরং মনাশিবু মাল্লেম লৈদা তারববু অনৌবা হম্না খুনখিএ। অদুনোংগীবু ব্রাইরং নাশি খুল ও কৌববু পোইরৈ ভাবা থিবনা শেল্লোয় নাশিখুল ও তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

*নোংমাইজিংগী চীংশা অমবু ব্রাইরং নাশিখুন কৌবদি করিদগীনো। মমা তমপাক লৈহৌনুগী মচা লংমাই পাইবং লৌথিবনা শাদানবদা মনাদা য়ানবা লৈতেংবু লৈবাক্তা তারববু অমুক হম্না খুনখি। মরম অদুদগী ব্রাইরং নাশিখুন কৌববু মৈতৈ ব্রাহৈ শেম্বনা শেল্লোয় নাশিখুল কৌখি।*

## নাহা খুনলিংচীং

কৌবা চীংশা মতাইমাদি লৈমা লৈনাউতাবী মপারি নিংহন শিহনববু হনব্রাইরক্রবদা। নাউব্রা অপিশা ওইনা হলব্রাইরক চীংতা থিংপা মারাম হাওকপ চীংশাং খুনফম ঙাংচেং তানদবনা নাউব্রা অপিশানা মরান য়ুমগা শারমএ। অদুনোংগীবু নাহা খুনলিংচীং ও তৌনা কৌএ। *(লাঙোল চীঙোইরোল)*

*নিংহন শিহনবা - পোইরৈতোন অমদি লৈনাউতাবিগী মচানিপা। হনব্রাইরক চীংতা - হল্লকপা চীংদা। তানদবনা - মী য়াম্না তাবনা, খুঞ্জাও লৈচাওবনা।*

*লৈমা লৈনাউতাবিগী মচানিপা নিংহন শিহনবনা শিরুবদগী হিংগৎলক্রবদা, অঙাং ওইনা হল্লকপা চীংদা থিংবা মারাম হাওকপ চীংশাং খুনফম ঙাংচেংগী অঙাং অপিকপনা য়ুম শারম্মী। মরম অদুদগী নাহা খুনলিংচীং কৌখি।*

## নাহাবুং

মৈদিংঙু পুনশিবা নুয়াম শাফবগী মনাই চখা ইনশুবা লাইজ ঙাথিবনা লেমলৈ ঙায়াম ফারুরগা য়াম্মনখিবনা পূংশানা হৈদোক্নুনা অরাকপা মীদা লেমলৈ ঙা হা হাদুনা য়োল্লমী। ঙা হাদুনা য়োল্লি হায়দুনা ঙাহাপূং হায়বদগী নহাবুং কৌনখি। *(লম্মীংলোন)*

## নাৱা থিচামপাৎ

**ইবেল য়াংমোম মাহইলোইনাই ফৌওইবী খোইনৌ মাতা তরুকমকনা অঙাং নাৱা অপিসক্কুম ওইনা। মানম মাথা মখোং মখুৎ মনিঙ মথুল চামনা লাইচা ইরিলাইদা ইরু শান্দেংনারময়ে। অদুনোংগীবু নাৱা থিচামপাৎ ও তৌনা কৌয়ে।** *(চকপা খুন্দারোল)*

## নিঙথিপা খোং

**হিথেল চংলৈমাতি। থিংপাই নোংমাঙপা মাঙপা লায়রপাকা। মমোম খয়োইরোল লাইতোংখু সাফপীকা মাকপা কোনহয়কে লাকপাতা। করম নিংথিপানো হায়না সোললমএ। খয়োই নিঙথিপা খোং ও থোননৈএ।** *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## নিঙলৈপোক

**হিথেল চংলৈমাতি। লমলেন নিঙলৈপোক নিঙলৈখিল ও কৌবদি। নোংয়াই থিংকোন পাকা কেকে খাইতোন লৌথিপাকা তরা চাককৌনানা ৱাংলৈ য়ুকৌনঙে। লোইমোম ফৌসুং নিঙলৈ খিলএ তরা চেঙসুং নিংলৈ খিলএ। অতুনোংকিপু লমলেন নিঙলৈপোক নিঙলৈখিল ও কৌএ। অতুসুং মতোমতে। ময়িম কেকে মোইরাংনা থরোইপু নিঙলৈ য়েও কৌএ। থরোই নিঙলৈপু য়ামনা পোকএ নিঙলৈপোক কৌএ।** *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*তরা চাকৌনানা - চাক কৌনবা। নিঙলৈ - শংবায় নত্রগা শংবায়দগী হেম্না চাওবা ফৌ হাপ্পবা।*

## নিংঙেন ককময়ায়

**লোইমোম ফৌওইবী মতা মরিমক্কী কোংয়াঙ মচৈশুবু কনাগীনো হেনবনো হায়না য়েংলময়ে। লোইমোম ফৌওইবীগী কোংয়াং মচৈশুনা লোক্রেন তাংমা হেল্লে হায়না ককসে কক্লে। অদুনোংগীবু নিংঙেন ককমায়ায় ও থোন্নেয়ে।** *(ফৌওইবী ৱারোল)*

## নিংঙেল কৈকাপলম

**থিংপাই নোংমাংপাকী মমোম খয়োইরোল লাইতোংখু সাফপীনা। মনোংয়াই নিংঙেল থংপাচাতা। চৈরৈ কিসি ফি থৱা নোংলৈ সাপা হৈরেম সুতাপানা সাপা লীক। খুনচান ঙংতাপানা সেমপা লীক হৈরেম তোংসংলীক খুনচান তোংঙাংলীক। খুনুংককচাক অরিপানা তাইখোমফি লেমলৈ ঙারুম মানপানা চেনচিলফিপু লনকুপিএ। অতুনোংকিপু পানপা সাতা কৈরেনফি ও তৌনা কৌএ। লমলেন মতাইমাতি নিংঙেল কৈকাপলম ও থোননৈএ।** *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*খুমন থিংপাই নোংমাংবগী মচানুপী লাইতোংখু শাফবীনা মশু নিংঙেল থংপাচাদা কিশি থোক্লা শারগা থৱানমিচাক্কুম লংহনবাফি, হৈরেম খুঞ্জান কাঙবুনা শেম্না অশংবা অঙাংবগী লীক, মমাঙদগী চংনরক্লবা ঙারুম মানবা ফি অসিনচিংবা পিবীখি। মরম অদুদগী পানপা সাতা কৈরেনফি কৌখি। লমদম অদুবুনা নিংঙেল কৈকাপলম থোনখি।*

## নিংথৌখোং

(১) মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র হাওক্তা নোংচুপলোমগী ময়াং কয়ামরুম কৌথোক্লুনা লৈবাক অসিদা লৈহনখি। মতম অদুদা নিংথৌনা খোং অমা তৌরগা খোংসিগী ব্রাংমদা ময়াংশিংদু হেঞ্জিল্লকপা য়াদে হায়না খণ্ডহনখি। লৈবাক মীয়াম্না খোং অসিগী মমিং নিংথৌখোং কৌখি। *(ভাগ্যচন্দ্র লাইরৈ লাথুপ)*

(২) কেকে মোইরাং নিংথৌ ঙাঙোই য়িথাই কাইরেমপানা য়িনতালঙৈ। লোইপী ঙাইখোং মলমপুতা ব্রাহমলকয়ে। তয়ম লোইপী ঙাইখোং মলমপুব্রো নঙতি লোইপী ময়িমনাক ঙাইখোং মসাইকোনতা লোইথৌরুব্রো। ঙাইখোংনিংথৌ খোংঙাপাসুং কুমলকব্রো মপারী নিংথৌপাসুং থারকব্রো পানপা কৈমাসুং ফারকব্রো ব্রাকয়ৈ হিমাসুং থারকব্রো। সাপী কেকে মোইরাং লৈমনা মেনথক মেনতোংকে পুই তুখোং তৌকে হায়পাসিপু মায়খণ্ডনাপা ঙাইখোং পোৎলেন লোইসুং পুমথরকব্রো হায়না থৌসিখিপাপু। লোইপী ঙাইখোং মনিন নাইপানা ব্রাকয়ৈ হিমাতি য়াললকএ পানপা কৈমাতি ফারকতে। মপারী নিংথৌপাতি থারকএ মপল ঙাইখোং নিংথৌ খোংঙাপাতি কুমলকতে ঙাইখোং পোৎলেন লোইসুং পুথরকতাপা ব্রাকীপু। নয়ু নিংথৌ ঙাঙোই য়িথাই কাইরেমপানা ব্রাতাথিখিএ। তয়ম ঙাইখোং নিংথৌ খোংঙাপা মপারী নিংথৌপাব্রো। নপল পনথৌ নিংথৌ ঙাইখোং নিংথৌ খোংঙাপা ব্রোমপাতি কতৌপা কুমলকতাপানো। পানপা কৈমাসুং ফারকতে ব্রাকয়ৈ হিমাতি থারকএ ঙাইখোং পোৎলেন লোইসুং কতৌপাপু থারকতাপানো। লোইপী কনসুক নুংচানানা হেমপা কললেন নূংকন নৈএ হায়না। ঙাইখোং নিংথৌ খোংঙাপা মপারী নিংথৌপাসু থাঙলেন চেপনা চননা নোংমনহলএ। অতুনোংকিপু ব্রাকয়ৈ হিথাখোং কেকে নিংথৌখোংব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*য়িনতালঙৈ - লাকপদা। ঙাইখোং মলমপুতা - ঙাইখোং লমগী ব্রা পাউ পুবদা, ঙাইখোং লমগী থৌব্রা পুবী মী। ব্রাহমলকয়ে - হায়রকই। কৈমাসুং ফারকব্রো - কৈ অমা ফারকউ। হিমাসুং - হি অমা। মেনথক মেনতোংকে - ফম্বাল তোংগে। তুখোংতৌকে - লৌখোং তৌগে । মায়খণ্ডনাপা - শকখণ্ড মায়খণ্ডনবা। থৌসিখিপাপু - থৌদাখিববু। মনিন নাইপানা - মীয়াম্না, নুংঙাই মরাং কায়না পানবনা। ব্রাতাথিখিএ - শাউখি। নপল - নপা। কতৌপা - করি তৌবগী। কুমলকতাপানো - লাক্কবনো। লোইবী কনসুক ... নুংকননৈএ - চীংমী নখোয়দি নুংশুক নুংজাননা তৌনীংদবা উৎলি। থাঙলেন চেপনা চননা - থাঙনা কক্লুনা। নোংমলহলএ - শিহল্লে, হাৎলে।*

## নিংথৌখোং

মৈতৈ নিংথৌ নাওথিংখোংনা শা তালবদা শা ফাইয়ে। অদুগী নিংথৌখোং কৌয়ে।

*(লম্মীৎলোন চেথুপ)*

## নিংথৌতা

(১) হাওরৈ থানা পাংবরম খুনচান নিংথৌ ব্রাংপা নাহানা য়াওরৌ শাতানপাতা লাইচা ঈতা তারে। য়াংলৈ তাওপা মহুইচাসুং লাইচা ঈরোম্নুংতা ইনচিনখিএ। খুনচান নিংথৌ ব্রাংপা মহুইতাও তৌনা কৌএ।

*(য়েনলোন)*

(২) হৈরেম খুঞ্জান নিংথৌ কাংলেন লৌথিবনা তরা চয়োম পুদুনা য়াওরৌ শাতানবা লাকপদা চয়োম ঈশিংদা তাখিবদগী ঈশিংদা কুমদুনা তরা চয়োম লৌখৎখি। অদুদগী মফম অদু খুঞ্জান নিংথৌতা কৌনখি। *(লম্মীংলোন)*

## নিংথৌরোক

(৩) লংমাই মদাইমা শেল্লোয় মখলমদি। মৈদিংঙু পুন্সিবা চৈগনথেকপা নুয়াম শাফবনা কামুনিংথৌ কোরা লৈমচা কোল্লোয় মশঙ্গাই হেমজেং ময়ুমনাক চকপা মশাইকোন্দা মৈদিংঙুনা শানথুপ্পবু। কেগে মাঙথানা মোইরাং তুংইন্নরকপগীদমকপু। লাইরেন মৈদিংঙুনা শেল্লোয় ঈরোক লাইচম্মদা পামেন উয়া হেপনা শানথুপখিয়ে। অদুনোংগীবু শেল্লোয় নিংথৌরোক ও থোন্নেয়ে।

*(নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোল)*

*মৈদিংঙু পুন্সিবা - মৈতৈ নিংথৌ তবুংবনা (খৃ: ১৩৫৯ - ১৩৯৪) নোংবাল্লোন লমফেলঙন্বী পান্নদুনা মৈদিংঙু লাইরেন্বগা মৈদিংঙু পুন্সিবগা অনী পোকই। পুন্সিবনা খৃষ্টাব্দ ১৪০৪ দগী ১৪৩২ ফাওবা মৈতৈ নিংথৌ ওইখি।*

## নিংশোং

(১) নিংশোংও কৌপাতি কতৌনোংকিনো। য়োইময়াই তাউতনপা লাইরেল তাউরোইনাই অঙালপানা। খব্রাই নোংচেংপম নাইচা য়েকমা হাওতংলা নমুপোংপারাচা অতনপাকী ব্রায়রা তেনচাপু সোঙকিপাব্রাকী। মালেম লয়খানুংকী তুপি ময়াফম লাইরেল মকোননুংতা সানথুপখিপাপু। তমপা ব্রাঙমলোন অঙানপী হেনলোই চঙপীনা নিংথৌ পোংপা তরামাতা ব্রাহমখিয়ে। নিংথৌ পোংপা তরামাব্রো নঙখোয়তি সংলৌ থৌরাংখিও য়েনলাং ঙমতম ও। থোপসাপানা থোপসাব্রো লাকসাপানা লাকসাব্রো। পাকি পারম তাপা পাখং অতেংপা নঙখোয়তি পাথোম মঙা থারাব্রো। নুকী নুরম তাপী নুরা অতেংপী নঙখোয়তি পাথোক তরুকপু থারাব্রো। মালেম লয়পি খোঙব্রাই তরেৎ সেমব্রো। য়িপল লাইরেল তাউরোইনাইপু তমপা ঐনা পাউথেমলুকে হায়না পাউমেললাপাতা। নিংথৌ পোংপা তরামানা অঙানবা সনা খোমমাতোনকীতমকপু সংলৌ থৌরাংপা য়েনলাং ঙমতম লৌরাপাতা। ব্রাংঙম কৈরেন তোংপীনা মপল লাইরেল তাউরোইনাইপু। মালেম লয়খারোনতাকী মচেঙ কায়রৈ অঙৌপাপু নাকতা য়েপনা পাউথেমখৎলুইএ। য়োইময়াই লাইরেল তাউতনপানা তুপী ময়ানুং লাইরেল মকোননুংকিপু। নুমিৎ মশোংচাউ থপি মঙান নাইনাপু কারকলে। অতুনোংকিপু নিংশোংব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

(২) থপী সেনকোয়রেং অপানপা য়োইময়াই তাউতনপাপু নুমিৎ মচুপসাপু তমপিরাপাতা নুমিৎ মমায় লুরে। নোংপোক লৈমচাতি থপী হেনমোইরকলে ব্রাংলেন চারং খোংলে পুংসেন না কারে। অপানপা নোংসাপা মৈতি লৈমুলাপা মসোঙচাউ লৈহৌলাপা মঙান নাইনা মসোঙ মঙাল নাইনা চাউনা নুমিৎ খেনকারক্লে। অতুনোংকিপু নিংসোং মৌপিলোক ও তৌনা কৌএ। *(নুমিৎ কাপ্পা)*

## নুঙকোন

(১) লোইবী মদাইমবু নুঙকোন ও কৌবদি। চীংখোঙ পোইরৈতোম্না হেমপা নাদববু খুনথিরকপদা।

চীংঙমকা য়ৌপোক তাল্লকপদা থৌদু নুঙবু পায়না কোম্না কারকয়ে নুঙকোন ও কৌএ ।

*(পোইরৈতোন খুন্থোক)*

(২) পোইরৈতোন খুন্থোকপা অমদা - হেমপা মতাইমাতি নুঙকোল ও কৌপাতি কতৌনোংগীনো। চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী শিতাপাপু লৈরিকাপান্না হায়না খুলথিলকপাতা। চীংলেন নাপোম অব্রাংপা খুৎপী য়ৌথোইচীঙপু চীঙলেন ঙমঙমকা য়ৌপোক তাল্লকপাতা। লৈমা লৈনাউত্তাপীনা থৌতু নুঙপু পায়না কোম্না কপলময়ে। অতুনোংকিপু নুঙকোল ও তৌনা কৌয়ে।

## নুঙখম

থাঙব্রায় মদাইমদি নুঙখমও কৌবদি। তাইবং নমু পোংবাচানা থৌদু নুঙবু পুলকয়ে হায়য়ে। খোইয়ম লাইয়িংথৌ থাঙব্রায় মারানিংথৌনা থৌদু ইখুনেৎ চেঙচা ইনাওয়োকনে পুফরোইয়ে হায়না খামলময়ে। খোইয়ম লাইয়িংথৌনা য়াইপী কনহৌনীকনা নামু পোংনাওতেকনা খামলময়ে। অদুনোংগীবু নুঙখাম ও কৌববু পোইরৈতা ফাথিবনা নুঙখম ও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

## নুঙনাং তাওবী নোংমলব্রাই

লমলেন অমচি নুংলাইকোন তাংখুল লৈহৌপোক কবুই মালথক মচন নুঙনাং তাওবী নোংমলব্রাই ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাহাম্নোং হাওনু লাসংনু সাফাবিনা লোইবি থাকুপ মপুংয়াইদা তারা চাব্রাল্লুবগী ওন্দেরকপদা। লোল্লোই ঈয়েবীনা লাইজ মথি নাই ঈমু মঙাও হৌঙমলবগী লাইজ ইরান ঙমদা তারা চাথংদনা নোংমল্লে। মথংলেম্না মিৎয়েং শানখৈববু তাংখুল লৈহৌলাবু ওইনা শানওনঙামলে। অদুনোংগীবু নুঙনাং তাওবী নোংমলব্রাই ও তৌনা কৌয়ে। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*অমচি নুংলাইকোন কৌবা তাংখুল লৈহৌপোক হায়নসু খঙনবা মফমবু কবুই মাম্বক্কী মচল নুঙনাং তাওবীগী শিফম কৌবদি করিগীনো। মমাংঙৈ হাওনু লাসংনু সাফাবিনা থাকুপ চীংগী খুন্দা চেংব্রাল্লুবগী হল্লকপদা, লোল্লোই ঈয়েবী তুরেল ঈহৌরকপগী ঈচেল ঈরৈ কম্না চেল্লমদুনা লাম্থোকপা ঙমদবদগী চারা হেন্দুনা শিথি। মাগী মপুরোইবনা থিরকপা মতমদদি তাংখুলগী লৈহৌরা পাম্বী ওইনা হৌরম্লে। নুমিৎ অদুদগী মফম অদুবু নুঙনাং তাওবী নোংমলব্রাই কৌথি।*

## নুঙমাইচাম

লমলেন থৌতু নুঙমাইচাম ও কৌবদি। চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লাংওল্লকপদা লাইচা ঈয়াই খাইনা ঈরাল্লকপদা থৌতু নুঙমাইচাম লৈঙম এ নুঙমাইচাম ও কৌএ। *(পোইরৈতোন খুন্থোক)*

## নুঙমিচাও

লমলেন থৌতু নুঙমিচাও কৌবদি চীংখোঙ পোইরৈতোননা লাংওল্লকপদা। চীংলেন নাপোমমা অসিসুঙ করম চাওবনো থৌতু নুঙসুঙ করম চাওবনো শোল্লমএ নুঙমিচাও কৌএ। *(পোইরৈতোন খুন্থোক)*

## নুঙলেপ পোংমানলৌ

লমলেন নুঙলেপ পোংমান লৌ ও কৌবদি। চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংবুরোই লাংওল্লকপদা। লৈমা

লৈনাউতাপীনা শানৌ চীংখোঙ পোইরৈতোন ও। লাইচা ঈরোম্নুংদা লৈবা অসিবু খোইমোম লাইরা নমু পোংলা পাওহংববু। শাবি ইতে লৈমাও খোইমোম লাইসু নত্তে থৌতু অরেপ্পা চেঙচা অয়ুংপানে পাওখুমখিয়ে। হয়িচকউে তাইপঙ নমু মীপুতি পোংও কৌএ। নমু পোংপু করম মানপানো শোল্লময়ে । নুঙলেপ পোংমান লৌ ও কৌএ । *(পোইরৈতোন খুম্নোক)*

## নুঙসল ঈমরু ওকসু লমমাখে

নুঙসল ঈমরু ওকসু লমমাখে ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নোংপাল কাঙবা নুঙসলতালবনা মাসল মালবী লীহেপ্পা কাওরেল কোলতৈববু মালবি মমি ব্রায় কাওরেল মতুংইল্লকপবু। সেল্লোয় মাদাইমদা মাসল মালপী লীহেপ্পা কাওরেল কোলতৈবনা থৌদু নুঙবু ওনলে। কাঙবা নুঙসল তালবনা অনৌবা মালবী খোঙখুন লীরকপবু মাসল মালবী লীহেপ্পাদি তেকপী ওকপু ওইনা লমওকনরে। অদুনোংগীবু নুঙসল ঈমরু ওকসু লমমাখে ও তৌনা কৌয়ে। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*নুঙশল ঈমরু ওকশু লমমাখে কৌখিবদি করিদগীনো। নোংপাল কাঙবা নুঙসল তানবনা মাগী শল মতোম্মতা লমহাংদা চাক্তারগা মদোম য়ারেকপা শলগী মতুংইন্দুনা লাকপদা নোংমাইজিংগী লমদম অমদা মাগী কাওরেল শলদি নুঙ ওনখরে। কাঙবা নুঙশল তানবনা নৌহৌনা শলগী খোঙুল লীরকপদা মাগী শল লীহেম্নদি ওক ওইনা ওক্ররে। মরম অদুদগী নুঙশল ঈমরু ওকসু লমমাখে কৌখি।*

## নুমিৎ পুঙ

লমলেন নুমিৎ পুঙ ও কৌবদি। য়োয়ময়াই তাউতলবনা লাংগোই মখুনেৎপু লাংগোই শাময় ওল্লা লেপলময়ে। অদুনোংগীবু লমলেন নুমিৎপুঙ ও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

## নুমিৎ ব্রা

কৌবা মদাইমদি য়োইময়াই তাউতনবা মশাবি তাউহুইরেং অহনববু কাপ্পা ব্রাদুবু শেল্লোয় চীংলেন্দগী কোংয়াং ব্রা থারমএ। অদুনোংগীবু নুমিৎব্রা ও থোম্নখিয়ে। *(লাঙোল চীঙোইরোল)*

## নুরা খোমলেনচীং

হয়রেম চনুরা অতেংপী লেরা ব্রোনপাই কৌপীকা তয়ম মাকী লাইরেন তোনকা খুকা নুংসমচেৎনা তাঙচা সমকা নাননা খানলৈ লৌতারকপাপু। খুনপী কাকফৈচানা নুরা থীকলেন মথানুংতা কাকফে চিনকোই চননা চীকলাপাপু। মোমনু লৌব্রাই মিরেন পায় পলেম মিংথা লাউনা তাঙচা ঙাইখাঙলাপাতা। তয়ম মাকী লাইরেনতোননা কোংয়াং ব্রাকথৌ অথৌপানা খুনপী কাকফৈচাপু খেৎলাপাতা। নুরা থীকলেন মথানুংকী খোমলাং পিসিনতোনপু মালেম লয়তা তানা লেনথরে। অতুনোংকিপু নুরা খোমলেনচীংব্রো তৌনা কৌএ। তয়ম মাকী লাইরেনতোনপু করম পঙপু পঙপানো হায়পাকীপু মনাই নাইপঙ চীং কাকফে লময়েংচীং সমচেৎ তোনান চীংব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## নুংক্রি

নুংক্রিও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লোইবী মীকৌনা হেম্বা তেংথাননা নুংবী সিদবা নুংনাং নাদববু

নুংকাও-ও কৌএ। তেকপী সাপৈয়েং কাইরৈ য়েলহিং থানা থুনথিঙৈ লোইবী মনিংথৌনা নুংকাও লাইমরুবু হেন্না কোনোকমাইদা করিনো হায়না পাওহংঙমএ। অদুনোংগীবু নুংক্রিও কৌএ।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*লোইবী মীকৌনা - চীংদা লৈবা মীনা কৌনবা। হেন্না তেংথাননা - চীংমীনং শক্ত হায়নবা। নুংবী শিদবা নুংনাং নাদববু - কায়বা তোয়বা নাইদ্রবা অচৌবা নুংজাও। তেকপী সাপৈয়েং - ওক হাংলগা অফ ফত্তা খুদম মপৈদা য়েংবা। কাইরৈ য়েলহিং থানা - য়েল চগুনা থাদোক্লুনা লাইদা কংপা। খুনথিঙৈ - খুন্দাফম থিবদা। লোইবী মনিংথৌনা - চীংমী নিংথৌনা। হেন্না কোনোক মাইদা - চীংগী কোনোক মাইবদা।*

## নুংকেরা

নুঙকেল ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লোইবী মনিংথৌ হেন্না নুংকেল কৌবনা লোইবী চীঙসাংথল নুংকেল মনিল নাইনা খুন্দাএ হায়বগীবু। ময়িম লোইবী মনিল নাইবনা নুংকেল ও কৌববু পোইরৈ তাফা থিবানা নুংকেরা ও তৌনা কৌনৈএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## নুংখিন

লমলেন মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংবুরোই লাংওল্লকপদা। ঐবু লোইবী মখৈ ফংলমদে হেন্না মাতোল লোমলমদে হায়গনে। শমু তাঙচা য়িখোঙখুনবু খঙসুনো হায়না থৌদু নুংবু খিল্লময়ে। মাদুগীদমক নুংখিন ও হায়না কৌয়ে। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

## নুংখোংবী থৈথারোক নুংলাউবী ওনথরোক

লংমাই ঈরোক লাইচম্মদি শেল্লোয় নুংখোংবী থৈথারোক লংমাই নুংলাউবী ওনথারোক কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহাননোং লাল্লাং পুরেং নুমানবনা শেল্লোয় শেনথিনোং লংমাই পাইথিনোংদা। কাওরেন শন্দংচাকনা তেঞ্জৈ ওই চীংপাথিনা তেম্না চন। লাংবন খোইনিং মানবীগা হুগাতৈ য়াইখু পানগা থোংনা শেল্লোয় নুংখোংবীবু কাপএ। লংমাই নুংলাউবীবু পানগা তমনা কাপথংলে। থৌদু খোংদুম খোং লংমাই নুংলেন লাউদুম লাউনা চেঙজা য়াঙনা পাইথরকএ। অদুনোংগীবু শেল্লোয় নুংখোংবী থৈথারোক লংমাই নুংলাউবী ওনথরোক লাল্লাং পুরেং নুমানবনা ব্রায়রা তেনথারোক ও তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

*নোংমাইজিংগী ঈশিং থোকপা লোক অমবু নুংখোংবী থৈথরোক নুংলাউবী ওনথরোক কৌবদি করিদগীনো। মমাংঙৈ লাল্লাং পুরেং নুমানবা কৌবনা নোংমাইজিংগী লমদা মশেন মবাই শাগৈ মরী থিরকপদা, শন্দংচাক পাম্বীনা তেঞ্জৈ ওই চীংপাথিনা তেম্না চন লাংবল থাগী খোইনিংমানবীনা হু ওইনা তৈরগা য়াইখুনা মপান্দা হাপ্তুনা নোংমাইজিংগী নুংখোংবীবু কাপখায়খি। নুং অদুনা লাউ খোংদুনা য়াম্না থুনা পাইথরকখি। মরম অদুদগী শেল্লোয় নুংখোংবী থৈথরোক লংমাই নুংলাউবী ওনথরোক লাল্লাং পুরেং নুমানবনা তেম্না থাবা লোক তেম্বারোক কৌখি।*

## নুংগৈ

অদোন নোংয়ায় হাওখোংশিনাইখু অথৌবগা পোইরৈ মৈতৈ ব্রাংখৈ লাইকোক পাম্বা অখোংশিঙ্গারেং অথৌবগা তনবা চীয়েনা কাওরেন লাইথেংনা মরোং চুংফুনা তিমেন তা চায়নববু লৈয়ে। নোংয়ায় হাওখোং শিনাইখু অথৌবগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি শোয়রেন ফুমি তুরে। পোইরৈ মৈতৈ ব্রাংখৈ লাইকোক পাম্বা অখোংশিংগ্রেং তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি খোয়মা লাংদোন শম্মা মালেম লৈকং তুরে। পাথৌও ইবিংঙাদি পোইরৈ লমকেৎপা খুমন লমথোইবা মশেন্নে। ইবিঙানা তিমেন তা চায়নবা অসিবু শিগবরা শিদরে। হয়েং পোইরৈ চাদোন্না নোংয়ায় শুদোন্না নিল্লগনে হায়না তিমেন মখুৎশুনা থৌদু নুংদা ইরম্মে। নুংগ্নি ও কৌববু পোইরৈতা ফাখিবনা নুংগৈ ও কৌয়ে। *(চায়নরোল)*

## নুংতৌ

নুংতৌ ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নুঙবী সিদবা চেংচা নুঙমু নাদববু নুঙ ও কৌএ। লোইবী মতোম চীঙবু নোংবু সাংনা ব্রাংনা খুন্দাববু তাও কৌএ। অদুনোংগীবু হেম্বা তেংথানা লোইবী ব্রাহায়না নুংতাও ও থোম্নেএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*নুংতৌ করিদগী কৌখিবনো। নুংজাও অচৌবা কায়বা তোইবা নাইদববু নুঙ কোই। চীংমী কাঙবু অমনা নুংদুম নুংজাও লৈবা অরাংবা চীংদোন্দা খুন্দাববু তাও কৌই। মরম অদুদগী চীংমীশিংনা মফম অদুবু নুংতাও থোনখি।*

## নুংথিনচাইবী লৌকোন

মৈদিংঙু চরাইরোংবগী ইবেম্মা নুংথিল চাইবীগী মমিং লৌদুনা থোনবা লৌকোনবু নুংথিল চাইবী লৌকোন কৌএ। *(মিয়াং লারৈ লাথুপ)*

## নুংনাংথেল

হেম্বা নুংনাংথেল কৌবদি কদৌনোংগীনো। নুমিৎ নিংথৌচনু থৌদু লোকলাং লৈমা থিকলেন থানাফবী মকাইফমদা। থৌদু তুনানবা চেংচা অরংবনা নাওনৌববু ময়ুম লোইবী মারেমনা নুংনাংও কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*চীংগী মফম অমবু নুংনাংথেল করিদগী কৌখিবনো। নিংথৌজা শাগৈগী নিঙোল থৌদু লোক্লাংলৈমা কৌবী মথিক মথাফবীগী য়ুমফমদা, নুং অনানবা অরংবা য়াম্না থোকপবু নুংনাং কৌই। নুংনাং থোকপা মফমনি হায়বদগী নুংনাংথেল কৌখি।*

## নুংপুচীং

ঈরোক লাইচম্মদি মৈতেংঙু অয়াংবনা মদাইরেম ব্রাংঙম নাহা ফেনতাংচম্বনা অব্রাং লোকলেন ব্রানখু নুংবু পুরকএ। অদুনোংগীবু নুংপুচীংও তৌনা কৌএ। *(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

*মৈতেংঙু অয়াংবা - মৈতৈ নিংথৌ য়ারাব (খৃ: ৭৯৯ - ৮২১) না য়োইরুমলোন লম্বাঙ পাম্নদুনা পোকপনি। য়ারাবগী মথংদা অয়াংবনা মৈতৈ নিংথৌ ওই।*

## নুংপৈ নুং

চীংখোঙ পোইরৈতোননা য়িরেংপু অমনপা খমলাং মপা অকেমপাপু লাননাসুনো। লেমলৈ ময়াফম ৱানচেং মকোনফমসুং ওইনরসুনো হায়না থৌতু নুংপু পৈরমএ। নুংপৈ নুং ও তৌনা কৌএ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## নুংবান নাওখোংচাম্বা চানকোনথোং

নুংবান নাওখোংচামপা চানকোনথোং ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নুংপাল নাওখোং চামপানা অৱাং কৌবা ঈরোংথোং চকথাঙ নারেংথোংকোনঙৌ পুময়োমথোং কোরি পনচলথোংবু থোংসায়ে।[১] নুংপাল মপাচানা চৎনকে চৎনাহন্দেয়ে লুৱাং মমেললুনা লানগে লান্নহনদে।[২] হৈরেম পোনবী লোকলাওখোং লৈতাঙ সেককুরেক অঙৌবনা থোংলেন পানবায় নেৎনা য়াকানবনু! নুংপাল মপাচানা হোইকে হোইহলদে। লুৱাং ময়েল্লুনা তানগে তান্নহনদে নুংপাল নাওখোংচামপা ও নুংপাল নপাচাবুদি করম লায়বনো পোলবী লোকলৌখোং লৈতাঙ সেককুরেক অঙৌববুদি করম চানবনো সোলমোইরময়ে। অদুনোংগীবু নুংপাল নাওখোংচামপা চানকোনথোং ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*[১] লুৱাং শাগৈগী মপা মচাশিংনা থোং লানগে হায়বসু লানহনদে। [২] উরোক শংঙ তিল্লববু।*

## নুংবান হোঙনেমচীং

নুংবান হোঙনেমচীং ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। ময়ুম লুৱাংনা তেংথানা নুংবান মীকৌননা চীঙলেন পললংলা অৱাংববু লা ও কৌএ। লা অৱাংবদা পুনসি হায়হৈসক্লা হোংনেমএ। অদুনোংগীবু নুংবান হোঙনেমচীং ও থোম্লৈএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*নুংবান হোঙনেমচীং কৌবদি করিদগীনো। লুৱাং কাংবুনা চীং অৱাংববু লা কৌই। চীং অৱাংবদা পুন্সি নুংশাংনবা হৈ হা শকশোন্দুনা হৱাও কুম্মৈ তৌই। মরম অদুদগী নুংবান হোঙনেমচীং থোনখি।*

## নুংবুচীং

কৌবা মদাইমদি হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা হোঙনেমঙৈদা তরা চেঙমচংবু পৈরম্মে। চেঙবৈ ও কৌববু পোইরৈতা ফাথিবনা নুংবু চীং কৌএ। *(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

## নুংসাই খুল্লেনলৈ

নুংসাই খুল্লেনলৈ ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। ইরোং লৈমা খাম্বী ঙম্বী লাসিংলৌপামফাবী য়ামলা ইতমঙম্বী থৌবাল হুমচিল হুময়ারোংবু তান্না খনবীগা। মদাইরেম চোইনৌ সনা পোলচেংসাবী ৱাইরৌ থাংদবীগা। মপারি য়াংকোই নিংথৌববু চৈরৈ নাহোংসা পাইখু লেংহাননা সমু নমদা পোনা। মপলগী মারা মখোঙকুন লিরকঙৈদা থৌদু নুংপু শাইনা তরা চাইল্লময়ে। অদুনোংগীবু নুংসাই ও কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*নুংসাই খুললেনলৈ করিদগী কৌখিবনো। ইরোংলৈমা খাম্বীঙম্বী থৌবাল লমবু ভাকপি শেনবীরিবীনা মনাই লুক পোলাং শাবী খ্বাংদা তুঙোন য়ানদবীগা, মচানিপা য়াংকোই নিংথৌববু পোদুনা মপাগী*

*চৎকম থিরকপদা নুংবু চাক ওইনা শায়দুনা ইল্লম্মী। মরম অদুদগী নুংশায় কৌখি।*

## নুংসোং খুলকোই

হাইচুম চোইথর নুংসোং খুলকোই ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহায়োং হয়িঙৈদা নয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোন খুনবী পোংমহলগা। মৈতৈরৈমা লৈনাউত্তাবী খুনুংঙালবা মপু নিংথৌ চনুগা অনিমনা। সেলবী সিদবা কবো নাদহৈবু খুনথিবদা ফিবুল লুদা থোংনা মরাল ওন্দেরকপদা। লোইবী শিদবা হেম্বা নাদববু লৈরিগবরা হায়না কোইনা চৎনা থৌদু নুংমাইসিংনা সোল্লমএ। অদুনোংগীবু খুনকোই নুংসোল ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## নুংহার

নুংহৎ ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লোইবী মনিল নাইবনা কাইরৈ ময়েনচাবু হৎ ও কৌএ। হৎ ময়েনচাবু লোইবী মমাইবা হেম্বা কোনোক মাইনা নুংকাও লাইমকুগী খোইমোম সনা মখোঙখাদা কাইরৈ য়েলহিংথানা খুন্দাইএ হায়বগী। ময়িম লোইবী মনিল নাইবনা নুংহৎ ও কৌববু পোইরৈতা ফাথিবনা নুংহার কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*নুংহৎ কৌখিবদি খুঙ্গাও লৈচাওনা পানবা চীংমী কাঙলুপ অমনা য়েলবু হৎ কৌই। হৎ য়েনবু চীংমী মখোয়গী মাইবা কোনোকনা নুংজাওবু লাই ওইনা নুংকাও কৌদুনা লাংপা মখোয়গী অথোইবা লাইদা য়েলহিং থাদুনা খুন্দাখি। খুঙ্গাও লৈচাওবা চীংমীশিংনা নুংহৎ কৌববু মৈতৈ শৈথাবশিংনা নুংহার কৌখি।*

## নোংকাংখোং

লাইচা মখলমাতি কেকে খোয়রীতাক মোইরাং নোংকাংখোং ও কৌপাতি। মোইরাং নোংকাং কৌপানা খোংমা তৌরমএ নোংকাংখোং ও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## নোংকৌপুং

মোংপা তোরয়মাতি। অমু নোংকা পামপানা কোরৌ নোংতা কানা য়েংনা লাইচা য়িনিপুংনে। মরুম অরাই চীংঙুচনুনা মরান নোংয়াই মসুমমাঙতা লোকলৌ পাকোন সানা লাইচা য়িনিপুংনে। অতুনোংকিপু অমু নোংকাপামপা য়িনিব্রাইনে। অতোন নোংকৌপুং ও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## নোংচুপ লাইচমখোং

তোরয় নমসাংমাতি লমলেন লাইচমখোংও কৌপাতি। কেকে মোইরাংকোকপা ব্রাংপাকা খোইমোম লাইচমকা থরায় চাংতোলখল সোয়রেল খমখাংলৌনা সোয়সেনমননৈএ। তাইপংকোকপা ব্রাংপানা পাথৌ খোইমোম লাইচম ও য়িপিংঙা তরা চাহাননা ব্রাংলৈ য়ুহাননাসে হায়না সীংনাখিএ। কেকে কোকপা ব্রাংপাতি মরৌ লৌনাহৈনা মহুই থানপা অথৌপাপু তুঙপোন ব্রাইরৌনুংতা হাপলকএ। খোইমোম লাইচমতি তাইপং মীকোক মীরু মীখোঙ মীখুৎসু তরা চায়োমলকএ। খোইমোম লাইচমকী তরা চায়োমথোকপাপু। কোকপা ব্রাংপানা পাথৌ লাইচমও তরা নচাকয়োম অসিতি ঐতি তংহৈতে।

ঐকী তরা য়িচাকয়োম অসিতুম পাথৌ য়িপীংঙা তংমননসে হায়না। তুঙপোন ব্রাইরৌ মখুমহাংনা তরা চাকয়োম থোকলকপাতি মহুই খানপা অথৌপানা খোইমোম লাইচমপু কৌনা কৌনা তাননাখিএ। অতুনোংকিপু নোংচুপ লাইচমখোং ও থোননৈএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*তরা চাহাননা - চাক চমিন্না। ব্রাংলৈ য়ুহাননাসে - য়ু থকমিন্নসি। মরৌ লৌনহৈনা - মরৌ হৈনা, মতাং তৌদুনা। মহুই খানপা অথৌপাপু - মাগী হুই খানপা কৌবা অথৌববু। ব্রাইরৌনুংতা - তুংজোন মনুংদা। মীকোক - মীগী মকোক।*

## নোংতাথুপ

কৌবা চীংশামাদি ব্রাংঙমলোন পানথোইবীনা খোইমোম লাইকমমাবি ওইনা শানওল্লকপদা। কোরৌনা খোংথরক ব্রাংবন্না চাওথরক্লবদা কৌবা লোকশামাদা থুপলমএ । অদুনোংগীবু নোংতাথুপ ও কৌএ।

*(লাঙোল চীজোইরোল)*

*কোরৌনা খোংথরক ব্রাংবন্না চাওথরক্লবদা - খোংলাওদুনা নোং কন্না তারক্লবদা।*

## নোংফৌ

কৌবা মদাইমবু নোংফৌ চীংলুখুম ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। খোয়নৌ নুংপালচনু কোরৌ খোংচোমনুবী মতা তরুকমনা অব্রাং কোরৌ নোংকারকপদা। চিঙব্রাংঈবু শুম থরকয়ে ব্রাংবল নোংব্রাংঈবু ফেম্থরকয়ে। চৈরৈ মইনফিবু চোৎলে য়োইময়াই তাওতলবা কোরৌ মনোংশাদা ফৌরময়ে। অদুনোংগীবু নোংফৌ ও থোম্ময়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*নুংপালগী মহুত্তা অরিবা খুৎই পুয়াশিংদা নোংপাল হায়না ই। লুব্রাংকাউলুপপু নুংপান হায়গদবনি হায়বগী মতুং ঈম্না নুংপাল হায়না ওস্লোকলে। অব্রাং কোরৌ নোংকারকপদা - নোংদোন কারকপদা। চিঙব্রাইঈবু ... ফেম্থরকয়ে - নোংতারকই।*

## নোংবাল কুরাউথোক

কৌবা মদাইমবু নোংবাল কুরাউথোক ও কৌবদি কদৌনোংগীনো । নোংবাল চাহুই লৈরোং পাম্বনা মললোই মপুঙয়াইদা কুরাউ ফানথৌঙেদা সুমায় য়েলহাইথিবা ব্রাগী। লৈহৌ মনিল নাইবনা চাহুই লৈরোং পাম্ববু কুরাউ হংগা চন্না ব্রাতাথিখিয়ে। চাহুই লৈরোং পাম্বদি ইনুং শোয়য়ায়মদা কুরাউ হংগা অচেন লোকলৈহৌনা সায়বা পনলিংলকলে। তাল্লোয় মরুমবী ইব্রাং খুব্রাং লাংমৈরেমবা চনুগা মশানৌ লুব্রাং খোইয়া মিংনম মাইনমবগা। মশল মালবী ঙারা পুঙচোংবগা মাঙদহোইনা লোইবী মচিঙ কারকপদা লমওক্লরে। মশানৌ অনিমনা থৌদু অমা খাগাথা পামেল অমা থক্কা থোন্না চাহুই লৈরোং পাম্বগী কুরাউ হংগা চনববু থোকলময়ে। অদুনোংগীবু নোংবাল কুরাউথোক ও তৌনা কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মললোই মপুঙয়াইদা - মললোই লমদা। কুরাউ ফান্তৌঙেদা - লোইপোং ওইনা শিগদবা কুরাউগী ফাল থৌঙেদা। সুমায় য়েলহাইথিবা ব্রাগী - মমাঙগী থৌদোক ব্রারম নীংশিংলুবগী। কুরাউ হংগা চন্না - য়োংহিং ফালাংচনবা, খোঙ খুং পুনবা। অচেন লোকলৈ হৌনা - চেললকপা। সায়বা পনলিংলকলে*

*- নাহোত্তুনা চেন্নক্লে। থৌদু অমা খাগাথা - নুং অমা মখাদা থমদুনা। পামেল অমা থক্কা থোয়া - উ অমনা মথক্তগী য়েদুনা।*

## নোংবাল্লোন লুচাউবী মিংথোংকৈ

**নোংবাল্লোন লুচাউবী মিংথোংকৈ ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাইরেল মৈতিংঙু নিংথৌ খোম্বনা সেলবী অকলা থেংঙৈদা। খাবা লৌতাংখুল তাংখুল তুয়শেল মনিল নাইবনা পোইরৈ অচোইববু ফারগে হায়না লাইরেল মৈতিংঙুগী চংবী মকৈরেনবু ইন্দাল্লকয়ে। য়োয়বু মশানৌ নোংবাল্লোন মকোয় পাউনীংশিংবীনা লাইরেল মশাবী চেংলৌ শকপাম্ভোঙ পুনুং লেপ্পা থোঙবু শালশেমখিয়ে। লাবা শমজিন নৌরৈথাং সায়াঙ তানচাওসি য়োয়বু খোংফাংলেংগী পুম্নমাসুং লাপা সমচিল নৌলৈথোংবু চিলনা ঙাইখমলাপাকা। তুয়শেল মনিল নাইবা নঙদি চংবী ইকৈরেন অসিদা কুমলকপদি কদৌবনো। লাইরেল ঐসুঙ সেলবী অকলা থেংলুববু ইরাল ব্রাইথুংঙামলে হায়না পাউমেল্লবগা। তাংখুল তুয়শেল মনিল নাইবনা পাউমেলজরকয়ে। নদাইরেম ঐখোইদি লাইরেল সনা নখোঙথাদা তরা চানিচা ব্রাংলৈ য়ুনি থককে হায়বগী ইন্দাল্লকপনে হায়না পাউমেল্লবগী।** য়োয়বু মকোই পাওনীঙসিংপীনা হাওদৈ অয়াকপা য়ুপা অথুম্বদা কেকরু ফামনোইননা ব্রাংলৈ য়ু পিথকহাল্লবগা। লোয়বী তুয়সেল মনিল নাইবদি হাওদৈ কোক্তাকানা য়ুপা তোনঙমনারাবগী লোইপী মাখোক লোয়রে। য়োয়বু মকোই পাউনীংসিংপীনা য়োয়হৈ লেংনা তিনবীনা থাঙলেন খুৎতাশুনা লোইবী মশম খোমনা তাঙচা লুরেল ককনা তুয়শেল হুয়েল লালয়াম থারে। অদুনোংগীবুবু হুয়েল পুয়িবা ফানাকৈ ও তৌনা কৌয়ে। য়োয়বু মৈতৈরৈমা নোংবাল্লোন লুচাওবীদি লোইদাম থাবু ফা য়াওব্রা মশীঙসু চকমোম তেমচিন লোনলাবগী পানবা হাথানোং লাইরেল মপারি থাঙব্রায় নিংথৌ কিয়ামবা নাউসোঙলে হায়দবরা। অদুনোংগীবু লাইরেল মৈতিংঙু নিংথৌ খোম্বা চংপী মাকৈরেল য়োয়বু মাসানৌ নোংবাল্লোন লুচাউবীনা তুয়শেল মনিল নাইবা ফানা কৈনে। মপারি থাঙব্রায় নিংথৌ ক্যাম্বা শাৎনাকৈ ও তৌনা কৌএ। *(থাঙব্রায়রোন)*

## নোংমাইচীং

(১) সেলোই লংমাইচীংদা খোইয়ুম লাইফাংথৌ মাপলগা লাইনুরা তরেৎকা লোয়ননা খোইয়ুম লাইয়ামনা লৈশেম্বা লোইরবদা হরাও মথোই য়াইবী মরাংহৌনা লৈরে। লাইনুরাশিংনা ইশৈ শকই লাইফাংথৌসিংসু উপনা লোংনা য়েৎতা ওইদা লৈনারানা ইশৈ শকই। অদুগী নোংমাই উরাওচীং কৌয়ে। চীংদোন্দা নোংইল্লে খোইয়ুম লাইগী খুনেৎওইনা নোংনা সেমলে তাইবংসু খোইয়ুম লাইনা সেমলৈ হায়বগীদমকপু সেলোই নোংমাইচীং কৌয়ে। তাইবং মীওইবগী য়ুম শাবা খুৎশু খুৎলাই পুম্নমক উনাশাবা পোৎ পুম্নমক হৌদোক্লকই হায়বগী সেলোই উশুচীং কৌয়ে। *(নোংপোক লৈহৌচিঙ)*

(২) সেলোই লংমাইচীংগী অহানবা নিংথৌ অপানবনে। সেলোই লংমাইচীং কৌদরিঙৈগী মমাংদা নোংপোক লৈহৌচীং কৌই। নোংপোক লৈহৌচীংদা লাইনিংথৌ অপানবনা লিকলাইগী মশক কুম্না লংনা পানবগী লংমাইচীং কৌই। নোংপোক্কী চীংনি হায়বগী নোংমাইচীং কৌই। মতমসিদা খোইয়ুম মাইগৈ ঙাকপা লাই পুম্নমক অহানবদা সেলোই লংমাইচীংদা অপানবগা লোইনানা তকুপ তরেংনা লৈরে হায়বগী সেলোই তকুপচীং লংমাই তরংচীং কৌই। *(নোংপোক লৈহৌচিঙ)*

## নোংমৈমাঙ

মোংপা মতাইমাতি মৈতেংঙুচা খোংচোমপা পোইরৈ নিংথৌ হনপানা উনপী তুয়োং থেংঙৈতা। নুংতেক য়াকা চায়না পনথেংলমলাপাকা মরান ওনতেরকপাতা। হিরু তেংমায়থককী নোংমৈ মখুৎসুপু লাইচা য়িরেনপুঙতা মাঙলে লমলেন নোংমৈমাঙ ও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## নোংমোইনুবী হামৈফৌ লংমাইনুবী মোইতোপলম

হৈতাও থেলপুঙ হোঙবা হৈরি লীনাইবা খোইচিঙ লুপাওবা তানলোয় মরুমবী নুমোই নুবীনা হামৈ খেকপু ফৌরময়ে। লংমাইনুবীনা হৈরাং ব্রাইচৎহৌ ব্রাইনৈ চৎনদনা পনম চৎথোকপদা হামৈ খেকপু ফৌরম্ববু চানা চানা চৎখিয়ে। ময়িম সেলোই ব্রাহায়না লংমাই তেংথাননা অচাববু অতোপ্পা ও কৌয়ে। অদুনোংগীবু নোংমাই নুবী হামৈফৌ লংমাইনুবী মোইতোপলম ও তৌনা কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*হৈরাং ... চৎথোকপদা - হৈ পুদুনা চৎপদা।*

## নোংশাখাম

অব্রাং থাঙব্রায় নোংশাখাম ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। অসাইঙৈগী কৌবা অঙাঙঙানা য়োয়ময়ায় লাইরেল তাউতলববু য়ুকৌগে হায়না। কোঙয়াঙ খারাশা মৌপী ফোপচলয়েনা লেমলৈ পেনদবা ব্রানচেং তুপতবা শারেল য়েত্তা পায় তাউচীংঙ হৈরীসিন অসীনববুদি শমু ওইদা পায়না য়োয়ময়ায় তাউতলববু য়ুকৌয়ে। অদুনোংগীবু অব্রাং থাঙব্রায় নোংশাখাম ও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

## নোংয়াই পাচাপুঙ

নোংয়াইপাচাপুঙ ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নোংয়াই পাচা অচানবনা লমলোই সেলকু অচানবা থৌতিংলোই তালোই তুমুনব্রা মীনৌ তাংথব্রাবু ব্রায়েম্নরময়ে। অদুনোংগীবু নোংয়াই পাচাপুঙ ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## নৌউরান

লয়রায় মুংশিমাতি লোইথোং লৈমা নৌউরান ও কৌপাতি। লেরা তুমহাপা মমোমলোন লোইথোংলৈমা কোনখু নিংথৌ চনুনা মরান পামেল উহোংকে হায়পাকী। তলা উথুম ঙারৌপী পামেল উকারোংপাপু খোংচি নারেংলোন ঔরী লীয়াই নোপনা তুরেল মোংপা য়িপু ফৈনা তুপলকলাপাতা। খোংচি নারেং তৎলে লাইচা য়িরোননুংতা তুমলে। মরান পামেল উহোংদনা হলব্রাইরক্লে। লোইথোংলৈমা নৌউরান ও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## নৌথিনখোং

লমলেন মদাইমা ইরান মৈম্ভ্রাও পাশি ফমদম লৌ সেবু লৈমা মরৌপান অঙৌপা নৌথিনখোংদা ব্রাকয়ৈ হিরাম্নন চায়না খোঙফেম্নববু লৈয়ে। অঙৌবা খুরাম পাম্বগা খুমন তান্দে খুৎহৈবা মৈবী তোংছম চনবা ভেৎনৌনীংগাঙ-য়ৈবগা লমলেন সেবু লৈমা মরৌপান্দা চায়না খোঙফেম্নবদি। অঙৌবা

তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি ব্রাকয়ৈ হিনম খেৎনা শোয়রেন ফুমি তুরে। খুমন তান্দে খুৎহৈবগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি অঙৌবা খুরাম পাম্বগী খুবোম চংলৈ তুরে। য়ামজেং মনম মূকনা খোয়মা নারোননুংদা শাম্বুপখিরে। অদোন তান্দে খুৎহৈবদি ব্রাকয়ৈ মরাংহৌ তোংজেং মথি নাইনা হুয়েন লানতাল্লকয়ে। অঙৌবা খুরাম পাম্ববু খুমন খুমু মনৌরোংনা থিন্না ফারে। অদুনোংগীবু নৌথিনখোং-ও খোম্নেয়ে। *(চায়নরোন)*

*অঙৌবা - অঙোম। তান্দে - থাঙশাবা। মৈবী তোংহমচনবা - মৈহুম উতোং হুম্বা। তেৎনৌ - য়োৎ। ফেল্লবদি - হুল্লবদি। ব্রাকয়ৈ হিনমখেৎনা - হিদা খেতুনা। শোয়রেন ফুমি তুরে - নাপীফুমদা থিল্লে। য়ামজেং মনমমুকনা - মমায় লৈদুনা চেনবা। খোয়মা নারোম্নুংদা - নাপী মরক্তা। শাম্বুপখিয়ে - লোৎখি। খুমু - নৌ।*

## নৌশিথেন

লংমাই মদাইমদি শেল্লোয় নৌশিথেনও কৌবদি কদৌনোংগীনো। খয়োইরোন তাউজিংখোং শাফবিনা মমান মচা য়াইথিংশাম্বা লমকাম্ববু মপন শাস্তাকতা মদু শানফোঙদনা নোংমনবী। য়াইথিং শাম্বা লমকাম্বা লেংলেন ককময়াইগী মরান ওন্দেরকপদা থব্রাই মিরাংপান লৈরাং অতিংঙানা শানফোঙ্গীং শেল্লোয় নৌশিথেম্নে। *(নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোল)*

## নৌহিলান

হিথেল চংলৈমাতি মৈতেংঙু লোইনাই খুনমোমপাকা অতোন নোংয়াই পিথিৎ লাইপাকা ব্রায়রা তেন চায়নঙৈতা। মৈতেংঙু মতাইরেম হোঙনেমসুমপা নিংথৌকনপানা। মৈতেংঙু ইপুংঙু তাও-ও । নতাইরেম ঐদি নোংয়াই পিথিৎলাইপাপু মানপী চীয়ৈনা কাওরেল লাইথেংনাকে। নতাইরেম ঐনা হয়েং ব্রায়রা মীসাওই হুয়েন মীরান ওইরবদি। মোমনু তালোই ইরুমপীপু য়াব্রা মসীংসু চকমোম তেমখাংলোনপী লোইতোম থাপুম ফাপীপু লৈপানে । ইপারী সাৎলবদি তুবিনাক্তা ফমমিন্নবিও লাইরেল নাক্তা সেম্নবিও। কুব্রা হয়রাংলোই নাখাঙতুংসোনকী খুয়া লোনহাইরোই নাপ্পা চীকথেমলোইপু ওইহনপিও। য়িমোম ফুয়য়িকিতি হেপীথংতা নোংপাললোন সাংতিংনামি ওই মেননোং খুৎসা ওইনা খুনেৎ তেমখাং ওইনপী লাংকোই সারুতোংনা ব্রাকচিং লৌকোনহনপীরকতা য়াংকোইহনপীও। নমোম তমফা ব্রাঙমলোন কৌবা মরোংঙমপী মনকৌলীক লীকসংপাচিনাইপাপু য়াংলৌ থানপম লানতা য়ানপিও। নতাইরেম ঐতি খোয়মা ইমায় ওন য়ামচেং ইনম মুকলারোইএ হায়না পাউমেম্নরিঙৈতা। নোংয়াই পিথিৎ লাইপাকী মরোয় ক্লাকপা লৈতোন পাম্বনা লাইচা য়িব্রাংমাতা লাংপল কাওরেল সেনপানা য়ামমা নিংথৌ অতোন লাইপাপু নোংহামলাপারা হায়না ব্রাকয়ৈ হিপু তোংনা লাকএ। অতুনোংকিপু ক্লাকপা নৌহিলান-ও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোন লম্বুবা)*

## পনথা লৈময়ায়

পনথা লয়মায়ায়ব্রো কৌপাতি কতৌনোংকিনো। চীংখোঙ পোইরৈতোন মমা লয়নুং পিয়াই নুচাকা মৈতৈলৈমা লৈমা লৈনাউতাপীকানা। সেনপী সিতাপা কপো নাতাপাপু খুনথিরকপাতা। চীংখোঙ পোইরৈতোননা ব্রাব্রোইরকএ। সাপী মৈতৈ লৈমা লৈনাউতাপী নঙতি সাপী লয়নুং থোঙঙারেন অহনপা সব্রা কংলৈ পুংফাপাকী তালোই অখুপী লুমলেন অতোনপীনে। অহিং তরা চাথোকয়ে নোংথিল সিনাই নানি লোঙপিনে পুকনা কুইএ লিননা ঙানএ মখোয়পুংপু নিংসিংএ হায়পা নৎতপারা। পোইরৈ সিতায়েন ব্রাঙম নাতায়েনপু কতৌপা থৌকাউ রাপাকী। সাপী নঙনা অখোম সিঙঙ্গুৎয়েন সনথোঙ তৈমায়েনপু থৌকাউরাপাকী। পারী খায়না য়াম য়িমোম তেকনা হললে হায়না। মপারী চাখা খোংহনপা কাঙতেন লৈনৌপা সাকাংয়াইথাপা লৈসং খেকব্রাইপাকা। মমোম খরোই নুব্রাহল হাউচেং লংমাইনু সাফাপী হুইয়াই কোংতিংনু অহনপীকাসু পননা পননা মীকপলমএ। অতুনোংকিপু পনথা লয়মায়ায়ব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*পনথা লৈময়ায় করিদগী কৌখিবনো। লৈনুং পিয়াইনুগী মচা পোইরৈতোম্না মতৈমা লৈমা লৈনাউতাবীগা অনীনা কবোগী লমদা শিরোই নারোইদবা খুন্দাফম থিরকপদা পোইরৈতোম্না মতৈমদা শাউখি। ইতৈমা নঙদি ইয়াম্বা লৈনুং থোঙঙারেন অহনবা কংলৈদা মতিক চাউনা পানবগী মতু অতোম্বীনি। নুমিদাংদনা চাবা থকপা শিনবীরগা নুংথিন্দনা থবক থৌরম অনী লোঙনা থবক খুদিংদা অকাউবা লৈতনা নতিক নথৌনা উংপা নওরা। করিগীদমক শিদ নাদয়েনবু কাউরম্বনো। ইতৈমা নঙনা অখোম শিঙঙ্গুৎয়েন সম্থোঙ তৈমায়েনবু কাউরমবদগী ইচানিপা নুপীশিংসু শিবনা য়ামলে হায়দুনা মচানিপা চাখা খোংহনবা কাঙতেন লৈনৌবা সাগা য়াইথাবা লৈশং খেকব্রাইবগা মচানুপী খয়োই নুব্রা অহনবী হাউচেং লংমাইনু শাফবী হুইয়াই কোংদিংনু অহনবীবু পম্না পম্না কপলম্মী। মরম অদুদগী পনথা লৈময়ায় কৌখি।*

## পনমরু

লমলেন লোকলৌ পনমরুও কৌবদি কদৌনোংকীনো। নয়ু খোইয়ুম লাইনিংথৌ তুবী য়েকলাবা লাইরেল ফৈথিংবনা লাইচা য়িসিংনা তরাউ তরাউ চেনঙমববু। মথিংলাইরেল পাখংবনা লাইচা ফৈনা থিংনা তরাউ তরাউ ঙাকলময়ে হায়বগীবু লাইচা ইফৈলোক লোকলৌ পনমরু তৌনা কৌএ।

*(মোইরাং কংলৈ পুঙ)*

## পল্লু লৈময়ায়

নোংপোক মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোন্না মতৈলৈমা লৈমা লৈনাউতাবীবু ৱ্রাওইখিয়ে। শাবি ইতৈলৈমা লৈনাউতাবীও সনখোঙ তাইময়েন অখোম শীংঙুৎয়েন নারবসুঙ শিদবা য়েন শিরবসুঙ পুমদবা য়েনবু নংনা থৌকাউরম্বগী। পারি চাখা খোংহলবা সাকাং য়াইথাবা কাঙতোল লৈনৌবা লৈশংখেকরায়বা ইমোম খায়োই নুরাহল হুইয়াই কোংতিংনু অহলবী হাওচেংলাংমৈনু শাফবীবু খাইনরে। শাবি ইতৈলৈমাও ইপিংঙাসুঙ খাইনবরা খঙদে হায়না মপারি মমোমলোনবু পলনা পলনা কপলমএ। অদুনোংগীবু পল্লু লৈময়ায়ও তৌনা কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্নোক)*

## পলসা

চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংবুরোই লাংওল্লকপদা। মপারী চাখা খোংহলবা সাকাঙ য়াইথাবা কাঙতোল লৈনৌবা লৈশং খেকরাইবা মমোম খৈয়োই নুরাহল হুইয়াই কোংতিংনু অহলবী হাওচেং লাংমৈনু শাফবীবু পন্না পন্না শোল্লমএ পলসা ও কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্নোক)*

## পরিং

হিথেল চংলৈমাতি। তুয়োং তানাতাপাকা সারোন মনিন নাইপাকানা তুরেল মোংপা য়িপু লানঙমতারাপাকী। পরিং য়েৎওই তিং কৌপা লীতান সানা লাননারময়ে। লমলেন পরিং ও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*হিদেল অতোঙবা অমদি। তুয়োং অমসুং সারোন কৌবা নুংঙাই য়াইফনা পানবা খুন অনী অসিনা তুরেল লানথোক লানশিন ঙম্নদরবগী য়েৎওই থৌরী তিংদুনা লীতান থোং শারগা লান্নরম্মী হায়বগী পরিং কৌখি।*

## পারৌপাৎ ৱ্রারেল খারমলান

পারৌপাৎ ৱ্রারেল খারমলান ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। ঙানু থুম্বীনা নোংয়াই মপল লম্বু ইন্দাল্লকপদা। মপারি সেনবা মিমাববু নমদাপোনা হাওরৈ খানা পাংবরম লানথখিয়ে। পরৌপাৎ ৱ্রারেল খারমলান ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী নুপী ঙানুথুম্বীনা মপাম খুমন লমদা লাকপদা মচানিপা সেনবা মিমাববু মনমদা পোদুনা খাপাংনা লাম্থখি (কুমথখি) হায়বগী পরৌপাৎ ৱ্রারেল খারমলান কৌখি।*

## পাইরংথেন

শেল্লোয় মদাইমদি পাইরংথেন ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। অঙৌবা পুরৈরোম্বনা কোরৌ নোংদোনথক্কী লেমলৈ শৌরাই পানদববু শমু খুত্তা শুনা পাইথরকএ। অদুনোংগীবু শেল্লোয় পাইরংথেন ও তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোল)*

*নোংমাইজিংগী লমদম অমবু পাইরংথেন কৌখিবদি। অঙোম পুরৈরোম্বনা নোংথক্কুগী ঙা মশোং পান্দবা পায়দুনা পাইথরকই হায়বগী শেল্লোয় পাইরংথেন কৌখি।*

## পাইয়ুরোন

লমলেন মদাইমা লোইবী ময়ুরোল কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাহায়োং হয়িঙৈদা লোইয়ম অতোন লাইসূচা তন্না পামেল উরাওবনা খোংচি নারেংনুংগী ওইখিসা। লোইদাম থানামুংদা নাওইবা লাংহৈ কুমসাথিদা নাওনৌবা। চিবা মৈসাংবা ফকলাং থেংকোইবা পলেম মমা ব্রায়ারৈমা উমিৎনিংথৌচনু মপারি চিবা ব্রাই তরেৎশুবনা লোৎলময়ে হায়বগী উচিরোন ও কৌববু হেস্বা মনিন নাইবনা পাইয়ুরোন ও কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*লমদম অমবু ময়ুরোল কৌখিবদি করিদগীনো। থায়না খুমনগী লাইসূচা কৌবনা মীয়াম হৌনা উ চিংলকপদা ব্রাদনবা হোই - হা লাওদুনা পুক্লীং থৌগৎপিবনা ওনখিবা উচিনা লোৎলময়ে হায়বগী উচিরোন কৌববু। চীংগী মীনা পাইয়ুরোন কৌখি।*

*খুমন লাইসূচানা উচি ওনখিববু উচিব্রা থোনখিবদা অসুম্না ইরি - উচিব্রা কৌবদি করিদগীনো। হুইতৌ খোংতেন লাকাপিচা কৌবনা উ হোওনবা উথুম ঙারৌবি কৌবা উ কারোং অমা য়ানখি। খোংজি নারেং হত্নুনা মীয়াম্না ঈশিংদা চিংলকপদা থৌরী তৎতুনা লুপখরে। হুইতৌ খোংতেন লাকাপিচানা মনাই খুমন লাইসূচাবু ঈশিং মনুংগী উদা থৌরী পুম্নু হায়খি। অতোন লাইসূচানা উরাউচৈ চৈঙাকপু লৈরাইদা য়ুংলল্লগা থৌরী পুম্নবা লুপখিববু ফাওগৎলক্করে। নোংঙাল্লগা খুমন লাইসূচাদি উচি মৈশাংবা ওইনা ফাওগৎলক্রে। চৈঙাক ব্রাসু অনৌবা চোংদুনা হৌরে হায়বদগী উচিব্রা কৌখি।*

## পাউতা ঈরেন

মোংপা মতাইমাতি। থোংতু ব্রাইরোকপা মথি ংখাংখাপা তানথোং চানমপানা। কেকে সেনলৈ ঙাইপানা লালকারককানে খুমন পাইরেঙাইপানা লানকারককানে হায়না। কোরৌ নোংতামতা থবি নোংলেপতনা ব্রাকয়ৈ হিপু তোংনা পাউতারমএ। অতুনোংকিপু পাউতা য়িরেন ও থোননৈ এ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*হিদেন অমদি থোংতু ব্রাইরোকপা মথিংখাংখাপা তানথোং চানমপানা ইশেন ইবাই ওইবা মোইরাং খুমন্না লাল লাক্কনি হায়না নুমিৎ খুদিংগী হি তোংদুনা পাউ তারম্মী। মরম অদুদগী মফম অদুবু পাউতা ঈরেন থোনখি।*

## পাকখায় মহীথেন

মোংপা তুথুপমাতি। অসাইঙৈগী কেকে খোয়রী নামোইয়াঙ কাওরেল মশল চানা লাইচা য়িপুক খায়না লানখিএ। পাকখায় মহীথেন ও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*তুরেল অথেকপা অমদি। মোইরাংখোয়রী নামোইয়াঙগী শলনা ঈশিং ময়ায় খায়না লানখি হায়বগী পাকখায় মহীথেন থোনখি।*

## পাকোন লুথোংচীং

ব্রায়রং মদাইমদি লৈমা লৈনাউতাপী পাকোন লুথোংচীং ও কৌবদি। চীংখোঙ পোইরৈতোম্না পোইরৈ শিদবা ব্রাংঙম নাদববু লৈরিগবরা হায়না চীংবুরোয় লাংওল্লকপদা। লৈমা লৈনাউতাপীনা পাকোল

লুথোংননা কুমলকয়ে। অদুনোংকীবু লৈমা লৈনাউতাপী পাকোন লুথোংচীং ও তৌনা কৌয়ে।

*(পোইরৈতোন খুম্মোক)*

*নোংপোককী লম অমবু লৈমা লৈনাউতাপী পাকোন লুথোংচীং কৌখিবদি চীংখোঙ পোইরৈতোম্না শিদ নাদবা লমবু লৈরিবরা হায়না চীং অমদগী অমদা লাকপদা লৈমা লৈনাউতাবীনা কোকশেং শেংলগা কোকতা পোৎ পুদুনা কুমলকখি। মরম অদুদগী লম অদুবু লৈমা লৈনাউতাপী পাকোন লুথোংচীং কৌখি।*

## পাখুন

ফুমফৌ থোনবদা য়েংবীয়ু।

## পাঙকৈ

থাঙব্রায় মাদাইমদি পাঙকৈ ও কৌবদি। হয়িঙৈদা নিংথৌ ককসু তোলকোনবা লৈমা উরুম খাওচোনবীগা শারেল য়েৎনা কোম্না য়াতাঙৈদা। অব্রাং চীংঙখৈ লৈনা থাংলকলবদা শারেন য়েৎনা কোননা ফোংফাঙ পাঙনা য়াহৌরকয়ে। অদুনোংগীবু পাঙকৈও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন )*

*অব্রাং মায়কৈগী লম অমবু পাঙকৈ কৌখিবদি। মমাঙঙৈদা নিংথৌ ককসু তোনকোনবনা লৈমা উরুম খাওচোনবীবু মখুৎ য়েৎনা কোন্দুনা তুমলিঙৈদা নোংঙাল্লকপগী চীংখৈদা মঙান লাক্লবদা কোম্নদুনা তুম্নব্বদগী মিৎ খংপাঙ পাঙনা হৌগৎলকখি। নুমিৎ অদুদগী মফম অদুবু পাঙকৈ কৌখি।*

## পানখোকপোকপী

হাওসেং পনতোনয়াবু নাতৈনানা। কেকে সোংলেন অথৌপাকা অতোন য়াইথিং অয়মপাকা চায়না খোংফেননাঙৈতা। কেকে সোংলেন অথৌপানা নোংয়াই তাংসকতা অতোন মীথাতারাপাকি। অতোন ব্রাকয়ৈ মখুনেৎতা সমু খোঙনা হাননা চোংসিনখিরাপাকী। সমু মখুতোনপু লয়না তারুইয়ে। কেকে সোংলেন অথৌপাপু অতোন য়াইথিং অয়মপানা লীরি থমোইতিং লকা তেনমৈলাকনা ব্রায়রা তেনব্রাইরকলপাকী। কেকে সোংলেন অথৌপাপু ব্রুনপি থনুংথীৎনা ব্রায়রা তেনপাললপাকী লাইচা য়িপাকথকতা তানা নোংমললে হায়তাপারা। অতুনোংকিপু য়াইথিং কাপনালম সোংলেন পানপাইব্রাই নানপা চুঙসেনকোন সোঙলেন পানখোকপোকপী য়িহাব্রো তৌনা কৌএ।

*(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*হাওসেং পন্দোনয়াগা থংননা লৈবা লমদা মোইরাং সোংলেন অথৌবগা খুমন য়াইথিং অয়ম্বগা লানথেংনঙৈদা, মোইরাং সোংলেন অথৌবনা উশিত্তবগা লোয়নননা খুমন য়াইথিংবগী হিনুংদা চোংশিনখরে। খুমন য়াইথিংবনা তেন কাপ্পদা মোইরাং সোংলেন অথৌবদা পাল্লবদগী ঈশিংদা তাদুনা শিরে । নুমিৎ অদুদগী মফম অদুবু য়াইথিং কাপনলম সোংলেন পানপাইলম নানপা চুঙসেনকোন সোঙলেন পানখোকপোকপী ইহা কৌখি।*

## পামংলান

চীংখোঙ পোইরৈতোম্না থোঙঙাক অশিথেন য়াইথোঙ চীংলাংমৈ য়েনবঙ ফাইবঙচীং পুংফাই তোনয়াম পোকপচীংবু পাম্না লৈরমএ হায়বগী থোঙঙাক পামংলান ও থোম্নেএ। *(সুরাংলোন খোংকুল)*

*চীংখোঙ পোইরৈতোম্না থোঙঙাক অশিথেন কৌবা অশিবা মীগী থরায়না পোৎথাকম ওইবা চীংগী অরোইবা থেন্দা য়েনবঙ ফাইবঙ, পুংফাই তোনয়াম হৌবা চীংবু য়াম্না পাম্না লৈরম্মী হায়বগী থোঙঙাক পামংলান থোনখি।*

## পামং লমওম্থোক

নয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোম্না মালেম খুনথোকললকঙেদা। লোইবী শাচুংনিংথৌ শংচারেম্বনা পাউতাকখোনগী। অব্রাং কৌবা লোকলুখুম অসিদা ইন্দানললকঙেদা। কোরৌ নুমিৎ মপুম পানা ফায়েং নোংফাইরম্মে। অদুনোংগীবু পামং লমওম্থোক ও থোল্লে। *(নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা)*

*নবুথৌ চীংখোঙ পোইরৈতোম্না তাইবং খুনথোকললকপদা চীংগী নিংথৌ শাচুং শংচারেম্বনা তাকপদগী কৌব্রু চীংদা লাকপদা নুমিৎ মশীং পানা য়ারেক্রম্মী। মরম অদুদগী পামং লমওম্থোক থোনখি।*

## পাস্কান্তি

থোংনাং মদাইমা পাস্কান্তি ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। থোংনাং পাস্কর থাকলবা মদাইরেম পামেল সিংকম্বা সয়ি তলথাই লৌনা পরৈ সিংবুল তানরমএ। অদুনোংগীবু কোংয়াং ব্রাকক লম ও কৌববু ময়ুম থোংনাং ময়াংনা পাস্কান্তি ও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*ময়াংলম অমবু পাস্কান্তি কৌখিবদি। ময়াং পাস্কর কৌবা ক্লাবু চেকশিম্না থম্বগী মনাই শীংচনবনা শয়ি উবু তল্থাই খায়রগা শীংবুল পুল্লমই। নুমিৎ অদুদগী ব্রা ককপা লম কৌববু ময়াং লৈবাক্লা পাস্কান্তি হায়না কৌনখি।*

## পাংঙনথেন

চীংলেন নাপোম্মদি থোংনাং ময়াংফানা পাঙম্না শানথুপঙেদা অয়ুম পোইরৈ মৈতৈনা পাঙন কোইনাবা ফারৌএ। অদুনোংগীবু পাংঙনথেন ও কৌএ। *(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

*লাঙ্গোলগী চীং নাপোম অমদি লান্দা ময়াং পাঙন পুম্নমক মৈতৈনা ফারক্রবদা লোত্তুনা লৈরম্বা পাঙন কোইনাবা কৌবা অমসু ফাই হায়বদগী পাংঙনথেন কৌখি।*

## পাৎসোয়

(১) লমলেন পাৎসোয় ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লংমাই সিরিয়াং অয়াঙবনা পামেল সোয়য়ু য়ুংনা ব্রানা খোংফে চিরোল চললা সিঙুৎ নাচুংয়ৈনা লেমলৈ ঙাবুয়োকনা থম্ববু। লেমলৈ অকুপপা য়ামচেং অহাপানা লংমাই সিরিয়াং অয়াঙবগী সোয়রেনমাবু লেমলৈ ঙানা সোয়রেন পনথক পানা নমথাখিয়ে। অদুনোংগীবু পাৎসোয় ও তৌনা কৌএ। পোইরৈ হায়মন তানবনা পানাসোয় ও তৌনা কৌএ। *(নোংসামৈ)*

*লমদম অমবু পাৎসোয় কৌখিবদি করিদগীনো। নোংমাইজিংগী সিরিয়াং অয়াঙবা কৌবনা উ মুংদুনা য়ানা ফৈরগা শীংঙুৎ খাবা শোয়দা ঙা য়োক্লুনা থম্মী। ঙাখা অমসুং লৈকুপ লৈনাংনা লংমাই সিরিয়াং অয়াঙবগী সোয়দু পাদুনা নমথখি। মরম অদুদগী পাৎসোয় কৌখি। মৈতৈ য়াহৈ য়াতা হৈবনা পানা সোয়সু কৌখি।*

**(২) অদোল নোংয়ায় খুমনলৈমা সঙতিঙঙালবী কমবোংথেম চনু নাপ্পা নারুমকাঙবীনা। লাইরেল মনেমমচা হোঙনেময়োয় খুনচাও লোকই সেললোয়নাইবু লমওক্লগে হায়না ইন্দাল্লকপদা। মদু কম্বোংনা মীকৌনবদি নুমিৎপুদি তুমিৎ কৌয়ে। থেঙলববুদি পাৎলব কৌয়ে। তুমিৎ পাৎলকলে লাইরেল মনেম মচাসুঙ সোয়নরে অদুনোংগীবু পাৎসোয় ও কৌয়ে।** *(য়াকৈরোন)*

*থাজা কম্বোংগী নিঙোল খুমললৈমা শঙদিংঙালবী নাপ্পা নারুম কাঙবীনা নুংশি চাম্নজবী নিংথৌ মচা হোঙনেময়োয় খুনজাও লংমাইজিংদা য়াওং ইনববু উনগে লাকখি। কম্বোং লমগী মীনা নুমিৎপু তুমিৎ কৌই। মতম থেঙলববু পাৎলব কৌই। তুমিৎ পাৎলক্লে, মনেম মচা হোঙনেময়োয় উনবসু সোয়নরে অদুদগী পাৎসোয় কৌখি।*

## পুকতৈবী ইনামুং

**লাহয়োং কাওরেল কোলতে লাংনুবীনা লাইজ ইরোম্নুংগী ফাওরক্লে। লাইজ ইরেলপুংগী ইবুক খাইনা কুমলক্লে ইমু খানিকনানা লাল্লক্লে। মবুক মরিল তাওনা থুংলরে হায়বগী পুকতৈবী ইনামুং কৌয়ে।**

*(মোইরাং লম্মীৎলোন)*

## পুকতৈবী

**কাপুব্রা লৌথিবগী মবাইবু মচেম্মা। নবাইদি খুমন চনু লৌগে চৎখরে। ঐবু মীরাইরগনে হায়না লালনেক্লবগী মশেম্না লাল্লুম্রে। মবাইদি খুমন চনু অদুবু য়াকয়ৈ হিকুনুংদা ফক্লোংনা য়োমদনা পুরকএ। ইবাইনা উরবদি ঐবু নুঙাইররোই হায়দনা হল্লক্লে। মুকাপ অশৈবা মানথা তেরানবনা হায়রমএ। হল্লক্লে খুমন চনুদি হিদা ফক্লোংনা য়োমদনা পুরকএ। হিনুংদা থাঙনা য়ানথৎলে মবাইদি পুরক্লে। খুমন চনুদি মবুক কংনা তাউখৎলে মোইরাংনা তেংথাবদি পুকতৈবা কৌএ। অদুগী পুকতৈবী কৌএ। মশম মনা চাইরে শমচাই কৌএ।** *(থাঙ লম্মীৎলোন)*

*কাপুব্রা লৌথিবগী মচেমনা হায়খি - ইবুঙো কাপুব্রা লৌথিবা নবাইনা নচে ঐবু থৌওইররোই। নবাইদি খুমন নুগী অমা লৌবা চৎখরে। মচেগী য়া তাবদা কাপুব্রা লৌথিবনা মবাইবু হাংকে হায়দুনা লৈরে।মবাইনা খুমন চনুবু উইন্দনা ফক্লোংনা য়োমদুনা হিনুংদা পুরকপবু মচেনা হায়বা শোয়নরে মবাইনা উখরবদি নুংঙাইররোই হায়দুনা হল্লক্লে। হল্লকপা অদু উবদা মুকাপ অশৈবা মানথা তেরানবনা হায়রকই। খুমন চনুদি মী খঙহন উইন্দনা ফক্লোংনা য়োমদুনা হিনুংদা পুরক্লিবসিনি। মদু উবদা কাপুব্রা লৌথিবনা চোংশিন্দুনা হিনুংদা থাঙনা য়ানথৎলে অদুগা মবাইদি পুরক্লে। খুমন চনুদি ঈশিংদা মবুক কংনা তাউখৎলে মোইরাংনা তেংথাবদি পুকতৈবা কৌই। মরম অদুদগী পুকতৈবী কৌখি। মশম মনা চাইরে শমচাই কৌখি।*

## পুকফাৎ সাপৈরৌ কায়রৈ য়েনখারৌ

**কৌপারেল অঙাংঙা মপারী খুয়োল য়োইথোকচাউ থোকচাউ অহনপানা মেনতে লিসিংখা মেননোং নুংকাইচীংকী কেকে খুনকুমলক মোইরাং খুনতারকঙৈতা। কেকে য়িপাচাসিংব্রো ঐখোয়না কেকে য়িপললমপু য়িনতাললকপা অসিপু য়াওরৌ সাপুথেং হুয়েল লালপু ব্রোকনারাকাতারা খঙতে হায়না তেকপি সাপৈয়েং কায়রৈ য়েনখাসেৎনা পাতমললমএ। অতুনোংকীপু কেকে ব্রোকনারেল ঙাংঙোই থংনরেল খুয়োন মেনমতাক খোইনাই তাইপিলৌ পুকফাৎ সাপৈরৌ কায়রৈ য়েনখারৌব্রো তৌনা কৌএ।** *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*কৌক্রু অঙাংঙাগী মচানিপা খুয়োল য়োইথোকচাউ থোকচাউ অহনবনা কৌক্রু চীংদগী মোইরাংদা খুন্দাবা লাকপদা , মোইরাং ইচিন ইনাওশিং ঐখোয়না ইপা ইপুগী লম ওইবা মোইরাংদা লাকপবু শা থেংনগদরা লাল ওক্রুগদরা খঙদে হায়দুনা ওক য়েন্দা খুদম চাংদম য়েংখি। মরম অদুদগী কেগে ওক্রুরেল ঙাংঙোই থংনরেল খুয়োল মেনমতাক খোইনাই তাইপিলৌ পুকফাৎ শাপৈরৌ কায়রৈ য়েনখারৌ কৌখি।*

## পুকৈলিংবী

কৌবা মদাইমদি য়োইরুমলোন পুকৈরেন চনুনা লৈমা মমাঙগীনা পুকৈশাদরিঙৈ পুকৈশাবী লনকৈ তৌতরিঙৈ মানা হাম্না তৌবা কৈরেন মখুৎফানে। অদুনোংগীবু য়োইরুমলোন পুকৈলিংবী ও তৌনা কৌএ। *(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

*চীংগী মফম অমদি লুরাং য়েক্কী পুকৈরেন চনুনা মমাঙদা লৈখিবা লৈমা কয়ানা ফৌ-চেং থম্নবা কৈ শাদরিঙৈদা মানা ইহান হাম্না কৈ শাখি। মরম অদুদগী য়োইরুমলোন পুকৈলিংবী কৌখি।*

## পুখাউ

কাইনৌ মদাইমা চীংখৈ মখলমদি পুখাউ ও কৌবদি কদৌনোংগীনো হায়রবদি। হয়িঙৈদা ইয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোন খোঙফাং অতোনবগা মতৈ লৈমা লৈনাউতাবীগা অনীমানা পোইরৈ শিদবা তাইবং নাদববু খুনথিরকপদা চীংখোঙ পোইরৈতোম্না তরা চাকপুকলাম লাইজ ঈথৌ লাংয়ে হায়না শোল্লময়ে। অদুনোংগীবু পুকখাউ লমনুংশি ও তৌনা কৌয়ে। *(নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোল)*

*কাইনৌ চীংখৈগা থংননা লৈবা লমবু পুখাউ করি মরমগী কৌখিবনো হায়রবদি, থায়না নবুথৌ চীংখোঙ পোইরৈতোন খোঙফাং অতোনবগা মতৈমা লৈনাউতাবিগনা অফবা মফম য়েংদুনা খুন্দাফম থিরকপদা চীংখোঙ পোইরৈতোম্না চাক লামই, ঈশিং থৌরাংই হায়না শোল্লম্বদগী পুখাউ লমনুংশি কৌখি।*

## পুমসোইখোং

মোংবা মদাইমদি চেংলৈ পুমসোইখোং ও কৌবদি। খোংবাল নাব্রা তোংকাইববু পূমনা সোয়রে পুমসোইখোং ও কৌএ। অদুসুং মদোমদে। নিংথৌ হেমসনা নাহা য়াংলৈ ঙম্বনা লৈমা লাইরোক লেম্বীদা নুয়িনঙৈ পূমনা মাঙলে পুঙমাঙখোং ও থোননৈএ। চকপা পুমসাই মনিন নাইবনা সীংঙুৎনা

নাচুংয়ে খরাই চাংদোল খলনা সোয়সেনএ। অদুনোংগীবু পুমসোই সেনএ অদুগীবু পুমসাইখোং ও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## পুথুপ

মোংপা তোরয়মাতি মপল কোরৌ হুইমুলৈমা নুংচেংয়ামপী লিনকোইকি থারৈ লোকতোন অতোনপানা পোইরৈ খুনকারকপাতা। ঐপু হয়েং পোইরৈ মৈতৈনা তয়ম নাইসিএ কাওপী সনলোইএ হায়রাকানে হায়পাকিপু। থারৈ লোকতোনপা য়েননাউ অহোঙপা লাইরেল লেমলৈলৌ তুপীয়িব্রাং কোনপু অসৈনাপা। লোকলৌ লাইচি থোংনপা পুলৈ সানা থোংপাপু চাতানা য়েলহেন নিংথৌ। য়োংনাউ অহোঙপা থারৈ কোনপীচানা চৈরৈ মরোন তৈ লাংচল পুয়িতু সব্রা চাচুমথিননা তেকপী ওকলাকোন খোয়মা নরোননুংতা মানপী মচিল মাপু থুপনরমএ। অতুনোংকিপু পুথুপ ও থোননৈএ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## পুমলেন

(১) হাওরৈ খাপাংবা লমগী লোকখা মনিম্নাই হাওখা তানদবা পুঙদা চংনিংলিকপান লোইবু ময়ুম কেগে মোইরাং উরা ঙাংঙোইবনা লোকখা হাওখা মনিন নাইববু ব্রাতাথিখিয়ে। নোংয়াই খুমন্দদি পরেংচোনগা চোনবা মথক্তা পরেংমঙা হায়ে। কেগে ঐখোয়দদি কৌগা কৌবা মথক্তা পরেং অমা হায়ে হায়না চংনিং লোইহাপোৎপু পাওয়াদনা লৎথোক্লবগী। লোইবী লোকখা মনিননাইবা হাওখা তানদবনা ময়ুম নোংয়াইদসু কেগে মোইরাংদসু চংনিং লোইহাররোই হায়না ব্রাকৎলবগী। চংনিং পরেংলিকপু মালেম লৈতৌনা লৈনুংদা ফুমলময়ে লৈতৌ লম্মহন ফুমলেন লৈময়াই কৌয়ে।

*(খুমন কংলৈরোল)*

(২) পুমলেন থোনমারকতি। খুনচান নিংথৌ পানাপাকা মসানৌ থাংআতোনকা য়াওরৌ সানাপাতা হয়িৎ মখোয়ফোয় হয়চাং মমায় লেলএ কোয়রেল ও থোননৈএ। হয়চাং মনম চাউরে নমচাউ ও থোননৈএ। হয়চাং মনম চাউরাপাপু মালেম লয়তা তৌনা ফুমলমএ লয়তৌ ফুমলেন ও থোম্নৈএ।

(৩) অতুসু মতোমতে। অঙৌবা নিংথৌ তোরা মুচিংহিথাবা খুগা লমলোকপনা কেগে মোইরাং নিংথৌ অতোললকর্কী লোইচাওমবা তালোয় মরুমবী ব্রাংঙমলোন কৈথেল থানবীবু চেম্নরকঙৈদা। কেগে খুমুনাউ সোয়সেনবা ঙাংঙোই ঈচেপপনা লব্রাই হাওয়ামমোই চেকলা মোইমায়কাঙ মথা মোইমায়তোপনা ফিঙাংকিসিনবা চেকপু সমু খুৎতাসুনা পাউমেলঙময়ে। হে য়ামবী লৈচেংঙাং ও চেকলা নসাতোনবু থেকতে খুনমা লানয়ানবগী মখুতোনবু থেকপনে হায়না পাউমেললময়ে। অঙৌবা নিংথৌ তোরানা লুরক কাঙতৈথিদা খৌনাউ লেনথোঙ লেনদনা ব্রাকয়ে মখুনেৎতা পূম্না হাপলকয়ে। ঙাংঙোই ঈচেপপাগী মরুম তেকনু নামোইনুনা অঙৌবা ইবুংঙো তাউ ও। থংলেন অসিবু য়াওরৌ ইসা নৎতে নপারি নাউথাক্লা নমোম নাউহমফরোই কদৌবা পুমনা হোনখিবনো। সমু লেংলোইতোনবু হলব্রাইপীরম ও পাউমেলঙময়ে। অদুনোংগীবু পুমলেন ও থোম্নৈয়ে। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*লমদি মফম অমত্তদা ওইজরবসু থৌদোক ব্রাথোক মাম্নদবা ব্রারীশিংগী ওইবা অপুনবা লম্মীংলোনদি মাম্নবা কয়া থেংনৈ। ফুমলেন কৌরম্বদগী মমৈথংদা পুমলেন কৌনখি।*

## পুমলেন হাপচাসোই

লমলেন মদাইমদি পুমলেন হাপচা সোই ও কৌবদি। অভৌবা নিংথৌ তোরা হাওতক লমলুমবনা মায়মুব্রা উমুনাও সোয়শেলববু ব্রায়রা মাসা ওইনা ব্রাকয়ে হিকুনুংদা পূমনা হাপখিরে হায়বগী পুমলেন হাপসাসোয় ও তৌনা কৌয়ে। *(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

## পুমৈ

চীঙডু খমতিংকোল চীংয়া ফৈথিংবনা তুবি মৈরেল মাবু চিকনা সোংনা চাওনা কিরে হায়বগী পুমৈ কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## পুরসি তাওরোয় পাৎলেন কোন

ব্রাইকোকপা লৌ চানমবা লৌ সীঙকন নোংফাইয়েনা ওকলেন মহি সেকচুমগে সেকচুমফদবা লৌ। লাইরেল মহি সেকয়াকে সেকয়াফদবা লৌ। মদাইরেম হাওয়াংপা য়াংপাকোই মীখুনচা অতেংবা চাকলিক খোয়দামল লীকলাং চোমফামলগীবু উপোঙ চাসোইদববু চাকসোইয়ে। থাঙয়ি মরোং সামদববু থাঙয়ি মরোং সাময়ে। লোইমোম ফৌরিক কেন্দববু লোইমোম ফৌরিক কেলয়ে হায়না ব্রাতাথিখিয়ে। মদাইরেম হাওয়াংপা থাংপাকোইবু লাইজ ঈরোম্নুংদা কাপতু লৈখে লেংনা নোংমলহল্লবগীবু। মোমনু তানলোই মরুমবী চেকনম ফানমবা চনু হাওনু অতে সাকোইবীনা। থংলেনবু লাইরেল মৈতেংঙুনা থাঙয়ি মরোংসাম লোইমোম ফৌরিক কেলয়ে হায়না। লাইজ ঈরোম্নুংদা কাপতু লৈখে লেংনা নোংমল্লে। থংলেনবু নুংশিয়ে পুরুসে হায়না ইন্দানখিববু। হাওয়াংব য়াংবকোইদি লাইজ ঈরোম্নুংগীবু তাওখৎঙামলে। অদুনোংগীবু লমলেন পুরুসি তাওরোয় পাৎলেন কোন ও তৌনা কৌএ।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*ওকলেন মহি ... সেকয়াফদবা লৌ - ঈশিং থাজিন্দুনা নত্রগা নোংগী ঈশিংনসু উবা য়াদবা লৌ। মীখুনচা - অতোম্বা খুনগী মচা। অতেংবা - নিংথিবা, ফজবা, অরোইবা। চাকলিক - চরিক। খোয়দামল - পূক্লীং য়ৌনা পামজবা, খোয়দাজবা। লীকলাং চোমফামলগীবু - লীকলাং পরেংগীবু। উপোঙ চাসোইদববু চাকসোইয়ে - চাক ফজনা থোংববু ফত্তে হায়। থাঙয়ি মরোং সামদববু - ফৌ মহৈ ফজনা পানববু। মরোং সাময়ে - ফৌ পান্দে । কাপতু লৈখে লেংনা - লৈবাক ফাওনা লেংদুনা, চেগপ লাক্লা, কারন লাক্লা ফাবা।*

## পুরৈরোম্বা লৈওনপাৎ

শেল্লোয় মদাইমদি অভৌবা পুরৈরোম্বা লৈওনপাৎ ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। হয়িঙৈদা লুব্রাং খোইদোম অতোম্বা মান্দোম অহনবগা অনীমবু পলেম মমা লীকলাবিচা নোংদংনু থৌদিকখোনগী মপন পিথেৎ চঙ্গে চঙঙমদা পলেম পিদাই কাঙ্গে কাঙঙমদনা। য়াওরৌ মতুংইন শরেন মমৈ ব্রাইবনা উমি খুত্তা শূ শীঙখাঙ মমৈ য়েগনা চীংথাং খুয়োম্বববু তান্নরকপদা। অভৌবা পুরৈরোম্ববু চীংথাং খুয়োম্ববনা মালেম লৈদা ওন্না থাঙলে। ব্রাইকোক শারিবা ফুমং শায়েংবা তেৎনা য়েনথিনবা ব্রাংথা মাইরোইনবা খোমবু তুংইন্নবা শমজিন কাবুক মাইরোইনবনা খোকলাং লেংদা থোংবা ব্রাইনে। ঐদি অভৌবা

পুরৈরোম্বা চানে মালেম লৈগী শাসুং শামাম্নদে কোরৌনোংগী শাসু শামাম্নদেনে। ভিমেন তামৈমসুং কাঙবিগুনো। লীরি কপথুপমসুং তিংবিগুনো হায়না মালেম লৈদা ওম্না খাঙলমএ। অদুনোংগীবু অঙৌবা পুরৈরোম্বা লৈওনপাৎ ও তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

## পুংতোং

পুংতোং ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লোইবী তেংথানা হেম্বা মীকৌনা চীংলেন নাপোম থন লোইবী মনিল নাইনা হেম্বা খুনৌ তোংববু পুং ও কৌএ। য়োইবু নোইনু থুমসৌবী থুমলৈমা থুমথোকখোংবু তোং ও কৌএ। অদুনোংগীবু পুংতোং ও কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## পুংদুমচা লাইচিংবা মন্নশোই

লৈরাই মুংবিমদি খুঞ্জান পুংদুমচা লাইচিংবনা থরাই চাংদোন থন শোইরেন খমফকলৌনা শোইশেনববু লেমলৈ ঙাচং তাময়ে। হৈরেম মনিংথৌনা ব্রাতাথিখিয়ে। থাংলেন মখুৎশুনা য়ানথুরে পুংদুমচা লাইচিংবা মন্নশোই কৌয়ে। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## পুংয়াম থোন

কুংনা শি থোনবদা য়েংবীয়ু।

## পুৎথ লালচেল্লম

ব্রায়শা মদাইমবু পুৎথ লালচেললম ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নোংয়াই ব্রাহেং খমকোইবগা লংমাই কাকলেন শিখমকোইবগা চায়না খোংফেম্নঙে। নোংয়াই ব্রাহেং খমকোইব তিলমেল মখুৎশুনা ফেল্লবদি কক্কু লুমায়লেংনা শোয়রেন ফুম্বী তুরে। লংমাই কাকলেন শিখম কোইবা তিলমেল মখুৎশুনা ফেল্লবদি নোংয়াই ব্রাহেং খমকোইবগী উনবী চফম থিৎলে পায়মা মরিল তারে। মরিল য়াদ চিক্লা হুয়েল লালচেনখিরে। তেকপী ওক্লাকোন্দা পুৎথ পুৎথ চেনখিয়ে পুৎথ লালচেল্লম ও থোম্নয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*ব্রায়শা মদাইমবু - ব্রায়শাগী লমদমবু। ব্রায়শা খুমনগী লম ওইরম্মী। লংমাই - নোংমাইজিং। চায়না খোংফেম্নঙে - তা লংনদুনা লাল তৌনঙে। তিলমেল মখুৎশুনা - খুপায় তানা, খুৎশু তানা। ফেল্লবদি - হুম্নবদি, লংলবদি। কক্কু লুমায়লেংনা শোয়রেন ফুম্বীতুরে - নাপী শীংবী পৈশিনবা অতাউবা ফুমদা থিল্লে। উনবী চফম থিৎলে - মবুক্তা পাল্লে। পায়মা মরিল তারে - মবুক্তগী মথিবোং মরিল থোক্লে। তেকপী ওক্লাকোন্দা - ওককোন্দা। পুৎথ পুৎথ চেনখিয়ে - মখোঙদু লৈনাংদা লুপশিন্দুনা চেনখি।*

## পুরুন (প্রুন)

খোইমোম সমপুম মহারাবা চীংব্রাং নোংমাবগা তুবি কোরৌ নোংমাব লোম্লাং পাখংবগা অনিমক্লা চীংলেন নুঙকনতৌ মালেম লৈকন য়াম্না লময়েম্নঙমএ। অদুনোংগী ফুনোং ও কৌববু ময়িম লোইবী মনিল নাইবনা পুরুন ও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## পেরে

তমপা ব্রাংঙমলোন খাপী লেংনাউ মোমপীনা অঙৌপা মশাপীকি মারা মখোংকুলপু ইনতাললকয়ে। খাপা মরালয়ায়কি চকমোম খামপী মৈতাল অরাপাপু শমু খুৎতা থুন্নকপাকিপু তমপা শমু মখুৎপাকপু শারে। তমপা লাইরেম্মনা চিনপাল মোইকাইয়াংপু পেনা হুলানলকয়ে। অতুনোংকিপু পেরে ও থোম্নয়ে। *(পানথোইপী খোংকুন)*

## পেরে সারেলান

পেরে সারেলান ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। তমফা ব্রাঙমলোন খাবী লেংনাও মোম্বীনা চকমোম খাম্বী মৈতান অরাববু সমু খুৎতা থম্ববু সারে হায়না সোনমোইখিএ। খোইমোম লাইরেম্মনা মখা পেনা পেনা চৎখিএ। অদুনোংগীবু পেরে সারে থোম্নৈএ। *(লুরাংলোন খোংকুন)*

## পেংপা সোয়

খুয়োল পেংপা সোয় ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। খোইয়ম কুরু সিদবনা সমু মহকসাংনা হাওতে লোলরুসানা য়ারময়ে। পায়মা নীঙলম তননা ফায়তোকয়ে পেংফায়সোয় ও কৌয়ে।

*(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

## পোইরৌ

শেল্লোয় মখলমা লংমাই মদাইমদি লমলেন ফেনপোইরৌ পোইরৌ লমনুংশি শেল্লোয় শিমরৌ লংমাই নামাকোন ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। শেল্লোয় অতাংঙাবীগা লংমাই অতাংঙাবাগা চিনগোই পাউরম্নঙৈদা মমোম শেল্লোয় অতাংঙাবীনা মীকপখিএ। ইদুনিংথৌ শেল্লোয় লংমাই অতাংঙাবা ও। ইবিংঙাবু ইদু হৈকৌনগুনুসে হায়বা অসিবু শেল্লোয় ইপাচা লংমাই ইয়েল্লু থাঙঙা ইরৈকাই লৈকাই ইপানসাংগী খোয়নৌ ইতা ঙাইরোইনাই য়াংদৌ পোকমারোইবু তাংজা ইকাইএ হুইয়াই শেনগোইএ। ইদুনিংথৌ ইবিংঙাবু অমন খমলৈ কুম্বসুং কুম্মন্নসে। হয়ু পলেম পীশোন্নবসুং শোনমন্নসে হায়না শমু খোঙবু থীন্না ঙকথি লুমলাং কোন্না মীকপ্নখিএ। অদুনোংগীবু শেল্লোয় সিমারৌ লংমাই নামাকোন থীনবী লমনামুং ও তৌনা কৌএ। শেল্লোয় অতাংঙাবী লংমাই অতাংঙাবদি তরা চাদংদনা শেল্লোয় ময়ুমনাকপু নমদা হুন্না থেংনা কোইনা মমোম শেল্লোয় অতাংঙাবীগা পোইনা হামনা চৎখিএ। অদুনোংগীবু লমলেন পোইরৌ লমনুংশি ও থোম্নৈএ। *(নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোল)*

## পোনবীখোক

হৈরেম লৈমতাক খুনচাক তরাখঙ কৌথিবদা য়েংবীয়ু।

## পোল্লাং লমথনমৈ

পোল্লাং লমথনমৈ ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লোইবী মচৈসু কোংয়াং নামিবা হেম্বা খুল্লানচৈবু লাংলেন চীংয়াথল কোংয়াং নোংবুরুমনা পালবা চীংদা খুন্দাববু পোল্লাং ও কৌএ। লোইবী মচেৎ খাইনা হেম্বা খুন্নৌ তোংববু লমথনমৈ ও কৌএ। অদুনোংগীবু পোল্লাং লমথনমৈ ও তৌনা কৌএ।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## পোরোম লৌকোলচিল

**থাওব্রায় মদাইমদি পোরোম লৌকোলচিল ও কৌবদি। সেলপী তাইচীংলেন কবো সারেল তেথাওলৈদা হাথাপাচেক পোনবী কম্না থোইবা চেক্লা খোঙনৌবনা চাক্তারময়ে। অদুনোংগীবু পোরোম লৌকোলচিল ও তৌনা কৌয়ে।** *(থাওব্রায়রোন)*

## পোলফৌচীং

**হেস্বা মদাইমদি লোইবী পোলফৌচীং ও কৌবদি। চীংখোঙ পোইরৈতোম্না চরৈ ময়িনফিবু য়োইময়াই ভাউদনবা মকোন মনোংশা কোরৌ নোংশামৈদা ফৌরমএ। অদুনোংগীবু লোইবী পোলফৌচীং ও কৌএ।** *(পোইরৈতোন খুন্থোক)*

## পোসা

**শেলী মদাইমদি নয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোম্না শেলবী শিদবা কবো নাদববু খুনথিরকপদা। ময়িম শেলবী কবোনা চীংখোঙ পোইরৈতোনবু শেনবী মপাচা কবো ময়েল্লুবু খাচিক্লবগীদমক আপ (আপো) হায়না কৌঙাময়ে। অদুনোংগীবু পাসা ও (পোসা ও) কৌএ।** *(পোইরৈতোন খুন্থোক)*

*কবোগী লমদম অমদা পোইরৈতোম্না খুন্দাফম অফবা থিরকপদা কবোগী মীনা চীংখোঙ পোইরৈতোনবু মখোয়গী মপা মচা, মচিন মনাও ওইনা খল্লুবগীদমক অপো হায়না কৌরমই। অদুগীদমক পোসা কৌখি।*

## পোংলান লমওন্থোক

নমফা থোনখিবদা য়েংবীয়ু।

## পৌপিতেক

লৈতাঙ খুনলৈতাঙপু লানলোই পৌপীতেকব্রো কৌপাতি করিনোংকিনো। অয়াং লাইকা চনু অখোংফাপীকা ঙাতেন লাংকমপম চনুকা য়িনফুই মায়রংসোন হংকেন তাইখাং লাকপাতা পৌরা মখুৎসুপু তেকলমএ। অতুনোংকীপু লানলোই পৌপিতেকব্রো তৌনা কৌএ।

*(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*লৈতাঙ খুনলৈতাঙবু লানলোই পৌপিতেক কৌবদি করিদগীনো। অয়াং লাইকাগী মচানুপী অখোংফাবীগা ঙাতেন লাংকমপগী মচানুপীগা মখোয় অনী ইন থাদুনা শোনবদা পৌরা তেক্লম্মী। মরম অদুদগী মফম অদুবু লানলোই পৌপিতেক কৌখি।*

## পৌরাবী

**থাওব্রায় মদাইমদি অব্রাং পৌরাপী ও কৌবদি। খয়োয়রোন পীতোংনু নুফাপীবু লাইরেল মৈতিংঙু কাইনৌ ইরেংবদা কাওচানাঙৈদা। মপল নোংয়াই খামলংবা অদোন চীংদা কানা হাও ওইবা চিঙতায় নিংথৌ খায়িংবনা। মমোম হাওলৈমা পীতোংনু নুফাপীবু ফিপোঙ তুনাইথোকতা মমোম পীতোংনু**

নুফাপীবু ফৈরা তান্দা থোংনা নাউয়োকপী। ইমলক হৈরাঙচাল ইংখোল খুৎথা হৈকুমনা হেকনাতবীবু। মপল নোংয়ায় খামলংবনা মামোমগীদমকপু হাওফি লাইফি চিলফি লাইফি ফীপোঙ চামী কৈরুক কৈতাই কোপলোং খোমলোং অসিবু মাসীঙ চাম্মসুনা ললউলগে হায়ববু। মামোম খায়োয়রোন পীতোংনু নুফাপীনা ইপল নোংয়ায় খামলংবা ইদু নোংয়ায় থিঙকোলহলবা সনা ঈদা কাফাবা ও। নমোম ঐবু হাওফি লাইফি চিলফি লাইফি ফীপোঙ চামী কৈরুক কৈতাই কোপরোং খোমলোং মশীং চাম্মসুনা ললউলপীবসুঙ কদৌনাকো। ইপল ও ইপাম লমলেন মদাইমা অব্রাং মোঙপী চীঙতাইরেলতা পালপা ব্রা চীঙতাই অরোল সৌপোল লোইকেলখোক অব্রাং নোংনেম চাখুলখোকতুম খোকলাং মসীঙ চাম্মসুনা ললউনবী ও। খোকতা য়েঙতাহৈপাদি লাইরেল ইশাবী কাইনৌ ইরেংবা নুঙনাং কৈতাল থৌবগী ব্রায়রা সাতাখোক হুয়েল লালতাখোকপু ওইসুনো। খোকলাং য়েঙতা হৈবদি মোমনু সঙদিং ফিহৌখোক পৌরা লংদিংখোকপু ওইসুনো হায়না পাউমেনখোনগীদমকপু। মপল চীঙতাই নিংথৌ খায়িংবনা চীঙতায় অরোল সৌপোল লোইকেলখোকপু খোকলাং মাসীঙ চাম্মসুনা লনউনবীরকয়ে। খায়োয়রোন পীতোংনু নুফাপীদি মাসাপী লাইরেল মৈতিংঙু কাইনৌ ইরেংবগা অব্রাং চীঙতাইরেমদগী মারাল নুহোঙ খোঙথোংলকলে। চীপা পোনলাংপানা মলচৎলকয়ে হৈতাও ঙাঙয়েকপনা মলহোল্লকয়ে। লোইপী নুহোঙ পোৎথিলবগা পোইরৈচা পাখংপা থাঙব্রায় মদাইমদা খোকলাং মশীং চাম্মসুববু শমু খুৎশিন্নরময়ে। অদুনোংগীবু অব্রাং পৌরাবী ও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

*মৈদিংঙু কাইনৌ ইরেংবা খৃঃ ৯৮৪ -১০৭৪ ফাওবা পাল্লম্বা মৈতৈ নিংথৌনি। কাইনৌ ইরেংবনা খয়োইরোন হাওরৈমা তমহৈবী পান্নদুনা মৈদিংঙু লোইমুম্বা পোকই। কাইনৌ ইরেংবা কৌদরিঙৈদি মৈদিংঙু নুংনাং কৈতাল থৌবা কৌই। খয়োয়রোন - খুমন নিঙোন। কাওচানঙৈদা - থাজঙৈদা। অদোন চীংদা কানা হাওওইবা - খুমম্না চীংদা কাদুনা হাও ওইখিবা।*

## ফংতমাঙ

নোংয়াই মতাইমাতি অসাইঙৈকী হৈরেম কাচেং নাইফা চাকহাইথিপানা মরায় কাঙনা চেললকএ। নোংয়াই খাথানা অতোন পুমনম্বপনা তাননাপাপু ফংতারে। অতোন ফংতমাঙ ও থোননৈএ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## ফাইপি থাঙতুপপোক

(১) কৌবা অঙাঙঙাগী মচা খোইনাই ইমথংবা খোইনাই খুলতাপা য়ুকোক থোং য়াইমাপা ইরু লৌথিপা নাওরুম অতোলবগা। খানলৈ তরুক নোংসানা সা নমু পোংপুম তরুকতিংনা কেকে মপল্লমপু খুনকুমলকপদা। থাঙতুপ চামেলখাদা কোরৌ নুমিৎ নিনিবু ফাইরময়ে ফাইপি থাঙতুপপোক ও কৌয়ে। *(লম্মীৎলোন খুৎই)*

*কৌক্রু অঙাঙঙাগী মচা খোইনাই য়ুমথংবা, খোইনাই খুন্দাবা, য়ুকোকথোং য়াইমবা, ইরুলৌথিবা, নাওরুম অতোনবগা মখোয় মঙানা মপা মপুগী লম মোইরাংদা খুন্দাবা লাকপদা থাঙতুপ চামেল খাদা নুমিৎ নিনি ফাইদুনা লেক্লম্মী অদুদগী ফাইবী থাঙতুপপোক কৌথি।*

(২) খোইনাই য়ুমথংবগা খোইনাই খুন্তাবগা য়ুকোকথোং য়াইমবা নাওরেমতোন অতোনবগা। নমু পোংবুম তরুকতিংনা কেগে মপাম লম্বু খুনকুম্নকপদা লৌতাংথুপ চামেনখাদা কোরৌ নুমিৎ নিনি ফাইরমএ। ফাইপু তেম্থা থাংতুপ পোক ও কৌএ। *(লুরাংলোন খোংকুন)*

## ফাইবী

ফাইবী ও কৌবদি ময়িম লোইবী মনিল নাইবনা থৌবোমবুদি ফাইবী ও কৌএ। ফাইবী চীঙয়া থম্না থৌবোম খোকলোই হৌবদা হেম্বা মনিল নাইবনা খুন্দাইএ। অদুনোংগীবু ময়িম লোইবী মনিল নাইবনা ফাইবী ও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*ফাইবী কৌথিবদি করিদগীনো। নুংঙাই য়াইফনা পানবা চীংমী কাঙবুনা থৌবোম পানবীবু ফাইবী কৌই। ফাইবী চীংয়া থম্না হৌবা মফমদা চীংমীশিংনা খুন্দাথি মরম অদুদগী মফম অদুবু চীংমী কাঙবুনা ফাইবী হায়না কৌথি।*

## ফাইবোকথোং

মৈতৈ নিংথৌ উরাকোস্থৌবগী মচানিপা হোংনেময়োই খুঞ্জাওনা লুব্রাং গুরুগী মশাই কোন্দা লাকপদা পুক্কংবী নুপী অমনা মাবু অমুক্তা মথোংনা কানবীয়ু হায়জরম্মী। হোংনেময়োই খুঞ্জাওনা পুক্কংবী নুপীগী মবুক অদু মথোংনা কানথোকপদা মচা ফাইবোক অনি পোক্লে। মচা পোকপা ঙমদ্রবী পুক্কংবী নুপী অদু হোংনেময়োই খুঞ্জাওনা মফম অদুদা কানবদগী মচা ফাইবোক পোকখি হায়বদগী মফম অদুবু নাওরেম ফাইবোকথোং কৌনখি। *(লম্মীংলোন)*

## ফাইরোঙ লমফাইরোঙ

পোইরৈতোনগা লৈনাউভাবীগা খুন্তোকঙৈদা চাকোৎ ৫ খাবৈ ৫ লোঙলম ফাইরমএ। ফাইরোঙ লমফাইরোঙ কৌয়ে। *(লৈহৌ নোংহৌ)*

## ফাইলেং

ফাইলেং ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লোইবী তেংথানা হেন্না মীকৌনবা খিকলোইবু ফাইলেং ও তৌনা কৌএ। ফাইলেং চীঙয়াথল খিকলোই চানা সংসোংলক্তা হেন্না মরাংহৌনা খুন্দারমএ। অদুনোংগীবু ময়িম লোইবী মনিল নাইবনা ফাইলেং ও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## ফাওলৌ

চীঙভু খমতিংকোলবু লোইবী মনিল নাইবনা কোরৌ নোংমদোন্দগী ফাওনা লৌরুই হায়বগী ফাওলৌ ও কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## ফাকঙথেন

(১) নোংপোক ফাকঙথেন কৌবদি ব্রাংঙম্লোন চাখা খোংজোম্বি শেকমু অরোঙ ফাবীবু মরান লুহোং খোঙদোংঙৈদা। ময়ুম হেমজেং চকপা অন্দ্রো মনিল নাইবনা চরৈ মারেলথিনা ফাকঙফিবুল শানা উনবিঙাময়ে। অদুনোংগীবু শেল্লোই উনবীচীং লংমাই ফাকঙথেন ও তৌনা কৌয়ে। *(শলকাও)*

(২) তমপা ব্রাংঙমলোন থাঙয়ি অঙল লৌতাপী। লোইমোম ফৌকাক লৌকুমপী মচেঙ পাউমেল লৌপু লৌতাপী। হাওচেঙ খোললোয় লৌপু লৌকুমপী। ব্রাংকোল লাইরুরা অতেংপীকা মশাপি মালং নোংপোক হুমওইপাকাতি। কোরৌ নুমিৎ নীনি শুনা থয়না নোংফাইরমলাপাকা। থায়োং চুমপা লোকচাউ ঈপু নমতা হুননা লংমাই মঙল তরঙ ব্রাংপা চিঙমাঙলপু ইনতাল্লকলে। খোইমোম মশানৌ কোনখৈ অতামপীকা মশাপি খোইয়ুম কাইনৌ চিঙশোমপা অঙৌপা নোংপোক মালং হুমওইপাকা শেল্লোয় মচিঙলেনপু কারকলাপাতা। অব্রা হকনা চোকলাপাকিপু ব্রানা ফানা হুইনা কারকলে হায়পাকিপু লংমাই শেল্লোয় ফাকঙথেন ও থোল্লময়ে। *(পাম্হৌইপী খোংকুল)*

(৩) শেল্লোয় মদাইমদি তমফা ব্রাংঙমলোন খাবী লেংনাউ মোম্বী অঙৌবা য়ুমলেন লৈমগা। মশাবী অঙৌবা লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বগা। শেল্লোয় মচীং কামানা লংমাই মচীংলেনবু তনমন্নবদা তমফা ব্রাংঙমলোম্না ফনা হৈনা কাখিএ। অদুনোংগীবু লংমাই ফাখংথেন ও তৌনা কৌএ।

*(নোংমাইজিং চীজোইরোল)*

## ফাতাং

চমফুং লমতাইথেৎপু নাতেননা ফাতাং লমনুংশি ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহাল্লোং চীংগুব্রা মরনকুগী খুরেন য়াইখুমনা চরৈ ফিশেৎনবা তাংজ লুরেলতোন্দা লিরেল তংখাইসিনা লোইবী লুহপগা হেন্না মনিল নাইবনা। হে ইয়ুৱা কৌবা অঙাংঙা ও হেন্না ইশাইকোল পনম হেকমাই কাবুবু কাবিরমও হায়বগী কোরৌ নোংবুমমাবু তাংলময়ে। অদুনোংগীবু ফাতাং ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*চমফুং লমগা থংননা লৈবা লমবু ফাতাং লমনুংশি কৌখিবদি করিদগীনো। থায়নঙৈ লাইগী থৌজানদগী লীনা খুরেন চম্লগা ফি ওইনা শেংপা, লী তংখায় খায়রগা কোক্কী লৈতেং শেম্লগা উম্না নুংঙাই য়াইফনা পানবা চীংমী কাংবু অমনা - হে ইবুধৌ কৌক্রু অঙাংঙা ও ঐখোয়গী লমদা হরাও তয়াম্না অমুক্তা কাবীরম্মো হায়জবদা নোংমা লেক্তুনা তাংলমই হায়বগী ফাতাং কৌখি।*

## ফানলৌ লাইমকোন

ফানলৌ লাইমাকোনও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কৌবা অঙাংঙানা কোংলৌ লমখৈগে সাবল লমতাককে পানম চৎথোকলকপদা। তুবি য়োইনোংদা নোংদ লাইরেল পাখংববু লমওকনরে। হয়িঙৈ তুবি য়োইনোংদাবু লৈনুং লোনচা পাখংবা-ও কৌয়ে। লৈনুং লোনচা পাখংবা চিঙয়া ফৈথিংবনা কৌবা অঙাংঙা-ও কোংলৌ লমখৈ কুনো সাপল লমতাককুনো। ব্রাইনৈ চৎনা তানা পানম কাতায়রম হেকমায় কাগে হায়বনো। হৈরাং ব্রাইচৎহৌকুনো হায়না তুবি মৈনা কোলনা থৌখামঙাময়ে। অদুনোংগীবু ফানলৌ লাইমকোনও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*ফানলৌ লাইমকোন কৌবদি করিদগীনো। কৌক্রগী অঙাংঙানা লময়েংলগা লমখৈ তাক্কে হায়না চৎথোক্রকপদা নোংদা লাইরেন পাখংববু থেংনরে। থায়না নোংদা লাইরেন পাখংববু লৈনুংলোঞ্জা পাখংবসু কৌই। লৈনুংলোঞ্জা পাখংবা চীংয়া পনথিংবনা হায়রকই - কৌক্রু অঙাংঙা-ও করম্বা লমদা চত্তুনা নুংঙাইরুগে হায়বনো হায়দুনা অতোপ্পাদা চত্তনবা নুংশিনা কোন্দুনা খাল্লম্মী। মরম অদুদগী মফম অদুবু ফানলৌ লাইমকোন কৌখি।*

## ফাপাখোং

তোরয় নমসাংমাতি পাউপম ফাপা থোংনাং ময়াং কামপা ফাপানা মুৎলৌ ঙাংলৌ লান চীংখম চাউপোক লাননা খোংমা তৌএ। লমলেন ফাপাখোং-ও থোম্নৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*তুরেল লৈরাই অশাংবা অমদি ময়াং কামপা কৌবা পাউপম ফাবনা মুৎলৌ ঙাংলৌ চীংখম চাউপোক লাম্লোক্তুনা খোং অমা তৌরম্মী। মরম অদুদগী খোং মমিংসু ফাবাখোং থোনখি।*

## ফারাকসু

ফারাকসুপা ও কৌপতি কতৌনোংকীনো। মায়িম কবো তেংথানানা সেলপী মানাতপপু ফারাক ও কৌয়ে। খামরল মনিংথৌতা অব্রা লোইহা থৌপু ওইনায়ে। অতুনোংকীপু ফারাকসুপা ও কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*ফারকসুবা কৌখিবদি কবো লমগী মীনা মখোয়গী মনাদা নম্না লৈতেংবু ফারাক কৌই। কবো মখোয়গী*

*নিংথৌদা নাগী লৈতেংবু লোইপোৎ ওইনা পিয়ে। মরম অদুদগী ফারাকসুবা কৌখি।*

## ফাল্লোক

ফাললোক ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লোইবী ব্রাহায়না হেন্বা মীকৌননা ব্রাংলুক খোংয়িবা চারা নোংদম হুন্নরুক সংলৌ য়েনতংলুক তরা চায়ারুকপু লোক ও কৌএ। হেন্বা মরাংহৌ লোইবী ফাল মনিল নাইনা সারোল পাক্তক্লা ব্রাংলৈ য়ুনৈনা খুন্দাববু ফান ও কৌএ। অদুনোংগীবু ফাললোক ও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*ফাললোক কৌবদি করিদগীনো। চীংমী কাঙবু অমনা হায়না ঙাংনবদি চেং ওন্নবা, য়েনশাং হাপ্পবা, চাক হাপ্পবা মখোঙ পানবা লুকপু লোক হায়না কৌই। চীংমী কাংবু অসিনা শা, য়ু চান থক্লবা ব্রাত্তনা খুন্দাবা অসিবু ফান কৌই। মরম অদুদগী লমদম অসিগী মমিং ফাল্লোক হায়না কৌখি।*

## ফাৎলৌ লাইমকোন

পাখংববু তাওরোইনাইনা চীরক্তা থেংনা ফাওরকয়ে। অদুগী ফাৎলৌ লাইমকোন কৌয়ে। *(নুংলোন)*

## ফিবুন ঙাইরনচীং

কৌবা লোকসামাদি লাইপাখং তরেৎমাগা লাইরুরা তরেৎমাগা থৌদু নুংপাকথক্তা ফিবুন ঙাইরন হুন্নখিএ। লাইপাখংনা হুল্লবদি লাইরুরানা ওকলৌচীংনে। লাইরুরানা হুল্লবদি লাইপাখংনা য়ারৌবা চীংনে। চীংনিগীদি ফিবুন ঙাইরন চীংনে। *(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোনল)*

*লাঙ্গোল চীংগী লোকশা অমদি লাইপাখং তরেৎ, লাইনুরা তরেৎনা নুংপাকথক্তা ফিবুন হুনবী শান্নখি। লাই পাখংনা হুল্লগা লাইনুরানা ওকই। লাইনুরানা হুল্লগা লাই পাখংনা য়াদুনা ওকপা চীংনি হায়বদগী ফিবুন ঙাইরনচীং কৌখি।*

## ফিফৌ

(১) লয়রায় মুংপিমাতি অত্ত্রৈপা নিংথৌ তোরা। খুরাই পনম নুমিৎথোকপু চুনাপা লিকথা মোইমায়কাঙ সাফাপানা। ব্রাঙমলোন কৈথেন থানপীপু চেননারকঙৈতা। ব্রাঙমলোন কৈথেন থানপীকী চৈরৈ ময়িনফিপু লাইচা য়িতা চোৎলে। য়োইময়াই তাউতনপা মাংকোন মনোংসা কোরৌ নোংসামৈতা ফৌরমএ। অতুনোংকিপু ফিফৌ ও তৌনা কৌএ। অতুসুং মতোমতে। মৈতিংঙু হোঙনেময়োই খুনচাউ লোকয়ি সেলোইনাইনা নোংয়াই চাউপা পুংপু য়িনতাললকঙৈ। তুরেল মোংপা য়িপু ফৈনা লোইরকঙৈতা চৈরৈ মনিঙখমপু চোৎলপাকী লয়রায় মুংপিথকতা ফৌরমএ। ফিফৌ ও থোননৈ এ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*লৈরায় অতোঙবা অমদি অঙোমনিংথৌ নুমিৎকুম মতিক মগুন লৈবনা মৈতৈ নিঙোন কৈথেন থানবীবু লৌদুনা পুরকপদা কৈথেন থানবীগী ইম্নফিদি ঈশিংদা চোৎলে। অচোৎপা ইম্নফিবু নুংশাদা ফৌরম্মী হায়বদগী মফম অদুবু ফিফৌ কৌনখি। অসিনসু লোইবা নত্তে। মৈতৈ নিংথৌ হোংনেময়োই খুঞ্জাওনা নোংমাইজিংদগী খুমন্দা চেল্লকপদা তুরেল ইরোইদুনা লাল্লকপদগী মফি চোৎলবদা লৈরাই মথক্তা ফৌরম্মী হায়বগী ফিফৌ থোনখি।*

(২) লাইরেন মৈদিংঙু লোকয়ি শেল্লোইনাই লংমাইতেংনা য়িমকাবদি। হাওরৈ খানা পাংবরম নোংয়াই লৈকোয়পুংবু ইন্দানগে হায়না নোংয়াই লমদময়েংনা ছুয়েন লানজেল্লকপবু। নোংমোইনু অহোংঙবী তুশাকোন ঙাঙোই য়োইমোংবা তুতেংঈ তুরেল লাইজ ঈরিক লাইনা। তাংজা ফৈনা লাম লিনলী কোয়া তাউ তুরেন লাইথংফান ককচেং তৌতোন খোম কাওবী সুমলোই তাউনা লাইজ ঈরেন পুঙ ঙমলববু। লাইরেন মৈদিংঙুনা শাম্বা ঈরোই তম্না ঈমু খোঙ্গাওনানা লাইজ ঈশম থৌরক্লবগী লৈরাই মুংবীথক্তা কারবদা। লাইরেন শঙদিং মনিঙখম চৈরৈ ময়িনফি পুনুং মফুরিৎপু তুরেল লাইজ ঈদা চোৎলবগী। অসাইঙৈগী মশানৌ নোংবাল্লোন পীতঙঙাগী শমুমেল্লোং মখুৎথোন শঙদিং কিশি কিরকপবু চৈরৈ কিশিথোক। পুনুং মফুরিৎপু হৈরু মতাই কাঙনা মাল্লৌ ময়িনফিবু লাইজ ফিশুম তাউনা য়োইময়াই তাউদনবগী ব্রাঙ্গোন মনোংশা কোরৌ নোংশামৈদা ফৌরম্মে। অদুনোংগীবু লাইরেন মৈদিংঙু হোঙনেময়োয় খুঞ্জাও লোকয়ি শেল্লোয়নাই লংমাই তেংনা য়িমকাবা শেল্লোয় নুয়িনবনা। লাইরেন শাম্বা ঈরোই ব্রাই তুরেল লাইজ ঈশমলম ফিফৌ লমনুংশি ও তৌনা কৌয়ে।

*(নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা)*

## ফিশাথেন

লংমাই থেনখাংমদি শেল্লোয় শঙদিং ফিশাফমও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লংমাই নিংথৌ থংবা কাথংবা তাল্লোয় মরুম্বী তেৎনৌ শুংবা চনুনা। থংলেন লংমাই নিংথৌ থংবা কাথংবা ও লিরেন তংখায় লৌহৈতে থাঙকোক মেনখু য়াইখু শাববু মুংবী লমলাই ঙানদে হায়না শেল্লোয় চানুরা লংমাইচা পাখংনা ইঙা লৌকুম্বা ইঙেন লৌতাবদা হায়নৈএ। পারি অরোন খোইবা লোনখোইবা নপন ঐদি অওল্লাংঙে ওল্লাংঙৈ। মপারি শিরি শেরাববু হয়া হো নে নে পাউথেমখিএ। লংমাই নিংথৌ কাথংবনা তাল্লোয় য়িরুম্বী তেৎনৌ শুংবা চনু ও। নংনা চরৈ ফিশাবসুং তেমলাং খুৎফু ব্রাৎলে হোরা হোইপাইনৈ এ। লংমাই লংবি চীংজাও উইএ হায়না শেল্লোয় চাপাখং লংমাই চানুরানা ঐবুসুং হায়নৈএ। পারি অরোন খিকপা লোনখিকপা অরোন খোইবা লোনখোইবা। নপা ঐদি অওল্লাংঙে ওল্লাংঙে হায়না মপারি শেরি শেরাববু হয়া হো নে নে নাউথেমখিএ। অদুনোংগীবু লংমাই থংবা কাথংবা থাঙকোক মেনখু য়াইখুচীং কাবুং চীং মতোন মরুম্বী তেৎনৌ শুংবা চনু শঙদিংফিশাথেন ও তৌনা কৌএ।

*(নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোল)*

*নোংমাইজিংগী চীংখাং অমদি শঙদিং ফিশাফম কৌবদি করিদগীনো। নোংমাইজিং নিংথৌ থংবা কাথংবদা মতু য়োংশুংবগী মচানুপীনা হায়রকই - নোংমাইজিং নিংথৌ থংবা কাথংবা ইপুরোইবা নঙদি লী তঙখায় খায়বসু হৈতে অদুগা থাঙকোক চম্নবা লীগী খুরেন চনবসু মওং তাদে হায়দুনা নোংমাইজিংগী পাখং লৈশাবীশিংনা ইঙা ইঙেনগী লৌকুম লৌতাবদা য়াম্না ঙাংনৈ। ইমাগী ইবুঙো চাওদরিবা নমা ঐদি ওল্লাং ওনশাওই ইকাইবনা মীমাংথোকপা ঙমদরে। মচা শেরি শেরাববু হয়া হো নে-নে নাউথেমখি। লংমাই নিংথৌ কাথংবনসু ইবেম্মা য়োংশুংবগী মচানুপী ও নংনা ফি শাবসু তেমথেং ব্রাত্তুনা লনবদগী নোংমাইজিং চীংজাও উইয়ে হায়না পাখং লৈশাশিংনা ঐঙোন্দসু হায়রকই। মচানিপা শেরি শেরাববু পন্নগা ইপাগী ইবুঙো নমাগী থবক খুৎশু অসিদি শাওনীংই শাওনীংই হায়দুনা মচাবু হয়া হো নে-নে নাউথেমখি। মরম অদুদগী লংমাই থংবা কাথংবা থাংকোক মেনখু য়াইখুচীং কাবুং চীংমতোন মরুম্বী তেৎনৌশুংবা চনু শঙদিং ফিশাথেন কৌখি।*

## ফিশুখোং

ব্রাংঙমলোন পানথোইপীনা মশাপি অঙৌবা লংমাই নিংথৌ কাইনও চিঙসোমপা তাংখুল মচী শাপাপু লাকপরা লমওক্লকে হায়না ইন্তাললকপাপু। কোরৌ নুমিৎচুপ মালেম মনারোয় মালং লমশং তোংনা নোংহামপাপু অঙৌপা মশাপিপু লমওক্লতারে। তমপা ব্রাংঙমলোননা য়াংপা মাঙথানাপানা উকনি হায়পাকিপু ব্রাংঙম চয়রৈ মইনফিপু লাইচা ঈতা শুনা ঙাইখমখিয়ে। অতুনোংকীপু ব্রাংঙমলোন পানথোইপী চয়রৈ ফিশুখোং ও তৌনা কৌয়ে। *(পানথোইপী খোংকুন)*

*মৈতৈ নিঙোন পাম্থোইবীনা মপুরোইবা অঙৌবা লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বনা তাংখুল মচী শাববু উনগে লাকপবু নুশিৎ নুংশাদা নুমিৎ চুপ্না ঙাইববু উনদরে। তমফা ব্রাংঙমলোম্না খাবানা উখিগনি হায়বগী মাগী ঈমফি শুদুনা ঙাইখি। নুমিৎ অদুদগী পাম্থোইবীগী ফিশুবা খোং কৌখি।*

## ফুঙ্গাতৌ

শেল্লোয় মদাইমদি লংমাই ফুঙ্গাতৌ ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। মমাইবগা কোরৌ নোংলম্বু লুব্রাং লংমাইবগা চীংঙু লাইকোন চঙনা কোরৌ নোংলাৎঙদা। শেল্লোয় খুনেৎকুম লংমাই খুনেৎ তারকপদা থৌদু মফম ফুকনা ফুঙ্গা লোংজুম ওইনৈএ। অদুনোংগীবু লংমাই ফুঙ্গাতৌ ও তৌনা কৌএ।

*(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

*নোংমাইজিংগী লমদম অমবু ফুঙ্গাতৌ কৌখিবদি করি নুমিত্তগীনো। নোংমাইজিং মাইবগা নোংগী ইরাৎ থৌনি তৌবা নোংলম্বু লুব্রাং লংমাইবগা অনীনা লাইকোন চঙদুনা নোংতানবা ইরাৎপদা কাখৎ কুমথা তৌনরিবা খুদা নুংবু ফুক্লগা ফুঙ্গা মখোঙ অহম ওইনৈ। মরম অদুদগী মফম অদু ফুঙ্গাতৌ কৌখি।*

## ফুমফৌ(কৈরেনবা খুল, চিনবা, পাখুন, চিংদাই, লুহুপ্পা, কংলৈ, লাংশৎ)

চীংঙু নোংথৌ সোরারেম্না তিল্লাং মখোই শাওনা। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবা নংদি নমোম মেনু লৈতববু লৈয়ে হায়না চিলহাবনে হায়থবদা। ঙাংঙোই য়োইমোংবনা পাওখুমলকয়ে। ইমোম মেনু শাফবীদি খোইমোম নংঙোন্দা খুৎশিন্নঙেনে। থোংলেন খুয়োনথানা লাইজঈদা তুমখিবদি চীংঙু নংদি থোইমোম লাই মরু নত্তবরা। মার মখোঙখুল লীঙমদনা কদৌবা হলব্রাইখিবনো হায়না পাওখুন্নবদা। অব্রাংপাখং য়োইরেনবনা লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবা নংদি মালেম লৈনিনবা থোংলেন লৈয়াৎপা নিগীনিনা মোংবা তুখুন ইন্না ইনখিবগী শমু ননাতোন্দা মালেম লৈনাং পক্লিয়ে। চীংঙু ঐবু তাংশক্তে হায়না তিল্লাং মখোই শাওনা ব্রাতাথিখিয়ে। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবা নং কোরৌ নুমিৎ মঙানি ঙাইখমও হায়ঙান্নগা। চীংঙু নোংথৌ সোরারেম্না খোইমোম মঙাইরোই চীংঙু মহীশাংশিংগা কোরৌ নোংলাংপান্দা তেখৎখিরে। হয়েং কোরৌ নুমিৎ শীংবুম মঙানি শুরবগা কোরৌ খাক্লুম খাক ব্রাংবল লাওদুম লাওনা নোংলেন মখোঙফুইনা চুথরবগী লাইজঈনা ঙন্নকলে। কোংয়াং ব্রাতোন অব্রাংবসুং চীংলেন পল্লংলা অব্রাংবসু থুন্নবদা। লাইরেল মচিন মনাওদি তোংনা য়াম্নফমবু লৈতরে। অব্রাং লাইনা পাংবরমদা মিৎয়েং শানখৈখিববু অব্রাং মোংবী চীংদাইরেম্বু থুমদবনিগীনিনা। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবদি লেপ্রেঙানা তৌবগুম মোংখৎখিয়ে। মমা লৈঙোই মফোম্নুচানা শব্রা পোলবী চিনপাকপীসু

তিললি নমবু সেনবীসুং লাইরেল মতুং ইনখৎখিয়ে। মচেং কাইরৈ সোকচোননুচানা খোইনৌ ইতা পোলবী চিলপাকপীও ঐদি লাইজ ঈদা হৈতবনিগীনা ঈমু খৌয়েক্লা নোংমনঙৈনে। পোলবী শাগল তুফাংনুংদা য়েপ্না সোইরেন ফুম্বীথক্তা থাংকৎপিঙাম ও। হয়েং পোলবী ইতা নংনা নকুম থুরবদা নখোইনৌ নতা ঐনা লোক্লৌ সানা কোন্না হাকোকপিগে হায়না পাওমেনঙাম্বদগী পোলবী চিলপাকপিনা সোইরেল ফুম্বীথক্তা থাংকৎঙাময়ে। অদুনোংগীবু ফুমফৌ ও তৌনা কৌয়ে। কৌবা অঙাংঙাগা মমোম লাইরোকলেম্বীগা লম ওক্লরে। অদুনোংগীবু লমওক ও তৌনা থোনয়ে। লাইরেন মচিন মনাওদি মোংবী চিংদাইরেম্বু য়ৌঙম্নবগা। কৌবা অঙাংঙানা লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবগা মশানৌ তাওথিংমাংগা অনিমবু খুজেং হংজি পায়না চিংখৎঙাময়ে। লাইরেল মচিন মনাওনা ব্রাহমলকয়ে। কৌবা অঙাংঙা ও শানৌ ইপিংঙাদি লাইজ ঈনা ঙামলবনিগীনা মোংবী চিংদাসরেম্বু ইন্দাল্লকপনে হায়থবদা। কৌবা অঙাংঙানা কোরৌচিন্দুম চিনলকপা ব্রাংবল লাওদুম লাওরকপা অসিবু ঐ খৌখামগে হায়না কৈশুম খৌনা হায়ঙাময়ে। অদুনোংগী কৈরেনবা খুন ও তৌনা কৌয়ে। কৌবা অঙাংঙানা কাওরেন সনথৌথি তেকপী ওকথৌথি তাওবা হুইথৌথি কাইরৈ য়েম্হৌথিগা। ঙাংলেন ঙাংজৌ মপান য়াম্না কোরৌ মপীতোনবু খৌখাময়ে ব্রাংবল থিংলৌ নিকপবু খৌথিংয়ে। চিন্না মংনা কাখিয়ে চিনবা ও কৌয়ে। পানা সানা কাখিয়ে পাখুন ও হায়দবরা। তাইনা মেন্না কাখিয়ে চিংদাই ও কৌয়ে। কোরৌ মপীতোনবু হুপনা মাঙখিয়ে লুহুপ্প ও তৌনা কৌয়ে। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা মালং মরাং হৌববু লাংলেন কোংয়াং ব্রাতোন অনিনা চিল্লোক্লববু মিৎয়েং শানখৈরে। কোরৌ চুমিতাং ব্রাংবন চুমিতাং খানবা মপা মতম উরৌরে। লাইজ মথিনাই ঈমু মরাং হৌবদি চিংলেন নাপোম অনেম্বা হাওরৈ নোংচুপলা পাংবারমদা চেনখখিরে। লাইজ তলহৌবা ঈমু লেমহৌবদি লাইজ ঈরৈ চন্না কংচিনখিরে কংলৈ ও তৌনা কৌয়ে। পুমনা লাংশিনখরে লাংশঙ ও হায়দবরা । লাইরেল মচিন মনাওদি অব্রাং মোংবী চিংদাইরেমদগী কংলৈ পুংময়োন্দা ব্রাইথুংলরে। *(তুতেংলোন)*

*তিল্লাং মখোই শাওনা - শাওদুনা। থোংলেন খুয়োনখানা - থোংদগী তাদুনা, ওম্থদুনা। লাইজঈদা তুমখিবদি - ঈশিংদা লুপখিবদি। তাংশক্তে - থৌশাদে, উশিত্তে। তেখৎখিরে - কাখরে। নোংলেন মখোঙ ফুইনা চুথরবগী - নোং কম্না তারবগী। লাইজ ঈনা ঙম্নক্লে - ঈশিং চাওরক্লে। তোংনা য়াম্নফম্বু লৈতরে - লৈফম লৈতরে। অব্রাং লাইনা পাংবরমদা মিৎয়েং শানখৈখিববু - অব্রাং মায়গৈরোমদা য়েংখিববু। মোংখৎখিয়ে - ইরোইখি, চাখৎখি। শব্রা পোলবী চিলপাকপী - ঙানু। মচেং কাইরৈ সোকচোম্নুচানা - য়েম্না। লাইজ ঈদা হৈতবনিগীনা - ঈরোইবা হৈতবনিনা। ঈমু খৌয়েক্লা নোংমনঙৈনে - ঈরাক্লদুনা শিরগনি। লোক্লৌ সানা কোন্না হাকোকপিগে - নিংথিজনা কোন্দুনা মচা ওলহনগে। য়ৌঙম্নবগা - য়ৌবগা, থুংলবগা। লমওক্লরে - ওক্লরে, থেংনরে। খুজেং হংজি পায়না চিংখৎঙাময়ে - খুৎপায়দুনা চিংখৎলম্মী । ইপিংঙাদি - ঐখোয় অনীদি। ইন্দাল্লকপনে হায়থবদা - লাকপনি হায়রবদা। কোরৌ চিন্দুম চিন্নকপা ব্রাংবল লাওদুম লাওরকপা - নোং মংদুনা খোংলকপা। কোরৌ মপীতোন-নোং।লাংলেন-ব্রা। কোংয়াং- ব্রা। চিল্লোক্লববু - থেংনববু, ঙাশিন্নববু। কোরৌ চুমিতাং ব্রাংবল চুমিতাং খানবা - চুমথাং খনবা।*

## ফুমলৌ

(১) ফুমলৌ লমনুংশি ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। য়োইরুম তাইনু লৌথিবী খাম্বী মৈচেনবীগী কাইরং

নোংচংফুবু য়াংলৈ তাওবা মহুইচানা তাওবা খুলচেন্নবা ফুরেল চেপনা হৈরবগী। য়োইরুম তাইনু লৌথিবীনা ব্রারোইববু য়াংলৈ মনমসিন্না পান্নুরবগী। তাওবা লাইখংননা খোইমা নারোম্নুংদা সানথুপলুবদি চকমোম খাম্বী মৈগা ব্রাইরবগী। মপল নুংবান ময়ুম নাকপু মৈবী তাংকোই পাই মৈখু নোংলোন কানা পম্থেংলবগী। নুংবান মপাচা লুব্রাং ময়েম্লুনা হে ইমোম খাম্বী মৈচেনবী ও। খাম্বী মৈনিংচিৎ চকমোম ওন্থে হলব্রাইমৈনা হেম্বা ময়িমনাক লোইবী মসাইকোলবু মরাল থুম্বী মৈমাংচল্লনা পনথেংলবগী। ময়িম লোইবী কোইরেং মনিন নাইবদি চকমোম খাম্বী মৈরমথিনা য়োইরুম তাইনু লৌথিবীদা ব্রাসা লনসাব্রাগীবু পম্থেংলবগী। হে লোইবী ইপাচা হেম্বা ইবুংঙাইশিং ও। ব্রাশা লনসানবা তেৎনৌ য়োৎব্রাম্লু নোইনুথুম তাইরু কাওরেল সলতিকলুখিগে হায়না মরাল থৌচৎলুঙেদা। হাওবা য়াংকোই তোমপোকপা য়াংকোই সোইসেনবা তরুকমক্তা ব্রাইথুংলুরে। হে ইমোম তাইনু লৌথিবী ও ব্রারম করি লৈবগী ইরাল করিগী য়াংকোই য়িমকারকপনো হায়না পাওহং ঙম্ববু। হে ইদুনিংথৌ হাওবা য়াংকোই তোম্বা সোইসেনবা তরুকমাও। নমোম ঐদি খাম্বী মৈব্রাইরক্বী ব্রাসা লনসানবা লেমলৈ ঙাতিক্কে নোইনু থুমতাইগে তেৎনৌ য়োৎব্রানগে কাওরেল সলতিক্কে লাকয়ে হায়না পাওখুন্নবদা। হে মোমনু য়োইবুনাই পেম্মাও হাওবা য়াংকোইতোম্বা সোইসেনবা তরুকমা ঐখোইদি পাহাং নোংচেং ওই খারা থমনুংওইবা মসেননে কৌবা য়ারেক ও চীংনুং নোংফাই ও হায়না থৌখান্নবগী। ইনুং সোইয়াইমদা সাইবা ফিয়ান্না তিংখং খোঙচংনা সিঙলেন সেৎথনা লৈরাং খাইথনরে। কৌবা নোংগা সোইরবদা খুরোই সোইসেনবা তরুকমানা কাওরেল সলপুম্মা তেৎনৌ য়োৎপুল অমা লেমলৈ ঙাপোৎমাসেম তিমেন তাপুন তরুকমাগা য়োইনা খুথোলপিনা মরান ওন্থেরকলবদা লোইবী কোইরেং মনিন নাইবসিংদা ব্রাসা লনসারে। অব্রাং নোংমতোনকীপু লাওথরকলে। হে লোইবী হাও পাখংসিং ও মৈব্রারকপু চলহৈদে লাইজ ঈব্রারকসু লৌহৈদে হায়না লাওথরকপবু হোয়য়াদনা। লাইজ ইরানঙৈ কাওরেল সলসু লেমলৈ ঙাপোৎ অমগা তিমেল তাপুল অমসুং পুমনা মাঙলে। অদুনোংগীবু কাওরেল সলনা লাইজ ঈদা তুমলে সলতুম ও কৌয়ে। তেৎনৌ য়োৎপুলমাসুং পুমনা মাঙলে হায়বগী পুমমাঙ ও কৌয়ে। লেমলৈ ঙাপোৎমাসুং পুমনা মাঙলে হায়বগী পুমমাঙ ও কৌববু পোইরৈ তাবাথিবনা ফুমলৌ ও কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*য়োইরুম - লুব্রাং য়েক্কী নিঙোন। মৈচেনবীগী - মৈথাবীগী। কাইরং - মচু শঙবদা শিজিন্নবা পাম্বী মখল অমা। নোংচংফুবু - নোংমা চঙনা শাবা চফুবু। খুলচেম্মনা - কাঙজেম্মরবগী। ফুরেলচেপনা হৈরবগী - চফু কায়রবগী। ব্রারোইববু - শাওরববু। লাইখংননা - খংপ্রেক খংনা। খোইমা নারোম্নুংদা - নাপী মরক্তা। সানথুপলুবদি - লোৎলুবদি। চকমোম - মৈ। মপল - মপা। নুংবান - লুব্রাং। মৈনীং চিৎ - মুৎহৌদবা মৈনীংখাক। চকমোম ওন্থে হলব্রাইমৈনা - অমুকহন্না চাকলকপা মৈনা। হেম্বা - হাও। মরাল - ময়ুম। মৈমাংচলনা - মৈ থানা। পনথেংলবগী - লান্দারবগী। ময়িম - ময়ুম। মনিন নাইবদি - খুঙ্গাও লৈচাওবদি। ব্রাসা লনসাব্রাগীবু - ব্রাকোং শীংগোংবা ব্রাগী। সলতিকলুখিগে - শল লৈরুখিগে। থৌচৎলুঙেদা - থবক চৎলুঙেদা। ব্রাইথুংলুরে - থুংলুরে। য়িমকারকপনো - য়ুমদা লাকপনো। পাহাং নোংচেং ওই - পাম্রা ওই। খারা থমনুং ওইবা - মতু লৈতবা। কৌবা য়ারেক ও - অহিং লেকউ। চীংনুংনোংফাই ও - অহিং লেম্লু। সাইবা ফিয়াম্না তিংখং খোঙচংনা - নুপী নিপা তিন্নবা। সিঙলেন সেৎথনা লৈরাং খাইথরে - অমগা অমগা শেৎথ খাইথনদুনা লৈচিনমিন্নরে, অপাম নুংশিগী লৈ চিনমিন্নরে। মৈব্রারকপু - মৈগী ব্রারকপবু। লাইজ ইব্রারকসু - ঈশিংগী ব্রারকপসু।*

(২) লমলেন মদাইমা ফুমলৌ লমমাহল ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। খুনচাল থেরেরোংবা চনুনা মপারি তাংক্রু তাংহল অনীমবু। সোয়রেল ফুষ্টী ফুমলাই থকতা সুমনা লেমলৈ ঙাতাললিঙৈদা। খোইয়ম লাইগী মাসালওননা পূমনা মাঙখিরে। পূমলৌ ও কৌববু পোরৈতা ফাথিবনা ফুমলৌ ও তৌনা কৌয়ে। *(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

## ফুমলাই তামাঙ

কৌবা মতাইমদি য়োইরুম তাইনু মৈচেনবীদা কেগে মোইরাং হাওবা য়াংগোই শোইশেনবনা খাম্বী মৈরা শারুও হায়না তিনমেন মখুৎশুগা মশল নাঙাইবগা পীরকঙৈদা। নোংথৌ সোরারেল্লা খাম্বী মৈরা শাথোক্তে হায়দনা তিনমেন মখুৎশুসুং কাওরেল মশলচাসুং মাঙলে। অদুনোংগীবু লমলেন নাঙাইমাঙ তৌনা কৌএ। তিমেন মখুৎশুসুং মালেম তমপাক লৈতা ভানা মাঙলমএ। অদুনোংগীবু ফুমলৌ তামাঙ ও তৌনা কৌএ। *(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

## ফুরোইনু লাননংব্রাই

মোংপা মতাইমাতি। সেলোই লংমাইনিংথৌ চনু নোংবাললোন ফুরোইনু থাংঙা কমপোং ওংবীনা। মপাম সেলোইচীংবু কাগে মদু লংমাই চীংজাওবু য়ৌগে হায়না মমোম নমদাপোনা মরান থৌচৎলকপদা। কোঙয়াং ব্রাচিনচাউ লোকলৌ সৌরাকং অকংবা লোকলৌ পাউনাইদবনা। খুয়া য়ৌরুম মেন য়িমুফিরাক সানা ঙমপললে। অতুনোংকিপু নোংবাললোন ফুরোইনু লাননংব্রাই ও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লক্পা)*

## ফুরোইশি (শঙতেবী, ঙাইনুবী)

শেল্লোয় মদাইমা লংমাই মখলমাদি। শেল্লোয় লংমাই নিংথৌ চনু খাংহন অহনবনা পোকপী লংমাই ফুরোইনু থাঙঙা কম্বোং ওংবীনা। মপাম শেল্লোয়চীংবু কাগে মদু লংমাইচিংবু য়ৌগে হায়না কম্বোং মরানয়ায়গী মরান থৌচৎলকপদা। লাল্লোই চীংঙাংলেন খমলাংবা লৌখোংশোয়দা লাংলেন কোংয়াং ব্রাশাশৌ লোকলৌ সৌরাইতাঙনা খুয়া য়ৌরুমমেন ইমু ফিরাক শানা ঙম্বল্লে। লংমাই ফুরোইনুদি মপাম শেল্লোয় চীংবু কাগে কাঙমদে মদু লংমাইচিংবু তনগে তনঙমদনা শেল্লোয় চীংখনমদা নোংমল্লে। অদুনোংগীবু লংমাই ফুরোইনু নৌশিবী নোংমলব্রাই লমলেন ফুরোয়শি ও তৌনা কৌএ। শেল্লোয় লংমাই নিংথৌ চনু ফুরোইনু নৌশিবী মমোম য়াব্রা মপাউ চাউদরিবী চেঙ্গোই কুকু মীরোন থোক্তরিবীবু নমদাপোনা। মপাম শেল্লোয় মরমখৈবু ইন্দাল্লকপনিগীনা। মমোম চেপলৈ কাদরিবী লৈখাংতান্দরিবীনা মপন অমনবীবু ওইবী পলেম মমা অকেম চকমোম লাংগা ওইবীবু মমোমনা ফুনিন নাশিননা মপনবু শঙএ শঙতেপী ও কৌএ। কোমপেক খুভাশুনা পল্লেমবু ঙাইয়ে ঙাইনুবী কৌএ হায়দবরা। শংদে ঙাইনুবী মরমখে লংমাই ফুরোইশি অচনবনে। *(নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোল)*

*নোংমাইজিং চীংমায় অমদি। নোংমাইজিং নিংথৌ খাংহন অহনবগী মচানুপী ফুরোইনু কৌবী থাঙঙা কম্বোংদা ময়ুম পানবীনা মপাম লমদম চৎকে হায়দুনা লাকপদা লাল্লোই চীংঙাংলেন খমলাংবা লৌখোংশোয়দা ব্রা য়ানখিবগী শৌশাবা মচীন্না খুয়াদা থিনবদা ঈ হেনমম্না থোকপদগী চৎপা ঙমদরে। ফুরোইনুদি মপাম চীংবু কাবা ঙমদনা চীংগী নাপোম অমদা শিরে। মরম অদুদগী লম অদু ফুরোইশি কৌখি। ফুরোইনুগী মচানুপী মীরোন থোক্তরিবী নমদা পোরকপীদি ফুনিন মনাদা থেত্নুনা শঙই হায়বগী*

*শঙতেবী কৌই । কোম্প্রেক পায়দুনা মমাবু ঙাই হায়বগী ঙাইনুবী কৌই। শংদে ঙাইনুবীগী লমখৈদা লৈবা ফুরোইশিনে।*

## ফুংকাচুম

ঙাংঙোই য়োইমোংবনা ফুংকা লোঙচুম য়ুংনা চফুতিল্লাংসৌ য়িব্রান খোয়তৌ ওৎলমএ। অতুনোংকীবু লমলেন ফুংকাচুম কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*ঙাংঙোই য়োইমোংবনা ফুঙ্গা মখোঙ অহম য়ুংনা চাক খোংলম্মী হায়বগী লমদম অদুবু ফুঙ্গাচুম কৌখি।*

## ফেম্থ লৈকোইপুং তাওতেক কোম্নতা

অমু নোংগা পাম্বনা কোরৌনোংদা কানা লাইজ ইনিঙে। কোরৌ নোংমদোন্দগী থাংলেন মখুৎশুগা খুমু মনৌরোঙগা ফেম্থরকপবু। থাংলেন মখুৎশুনা হাইনা কোইনা লংনা ফেম্থরকয়ে। নোংয়াইনা ব্রাহায়না খুমম্না তেংথানবদি নৌবু তাওতেক কৌয়ে। নৌরাং মখুৎশুনা কোম্না ফেম্থরকয়ে অদুনোংগীবু ফেম্থ লৈকোইপুঙ তাওতেক কোম্নাতা কৌয়ে। *(খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*কোরৌ নোংদকানা - সোরারেন্দা কাদুনা। লাইজ ইনিঙৈ - নোং তারক্লবা খুরুমজঙৈ । কোরৌ নোংমদোন্দগী - সোরারেন্দগী। থাংলেন মখুৎশুগা - মখুৎশু থাংগা। খুমু-নৌ। মনৌরোঙগা-মাগী নৌগা। ফেম্থরকপবু-তারকপবু। খুমন কোনুংবু ফেম্থলৈকোইপুংসু কৌই।*

## ফেনমতাক ঙারংয়ান

শেল্লোয় চীংশা নাপোম্মদি। লমলেন ফেনমতাক ঙারংয়ান ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লংমাই কোকপা তেন্দোংয়াম্না য়াওরৌ শানাবদা পাখংতিমেন মখুৎশু থংচীং মখোক লাংবু য়াওরৌ শা শঙাইদা ফেনশিনখিববু। লাবাশীংনা খল্লবগী খোকলাং তামৈ লাকপবু লাকয়োল্লে তিমেন তামৈ পায়ববু পায়য়োল্লে। শেল্লোয় ইপাচা লংমাই ইয়েল্লুশিংও। তিমেন ইখুৎশুবু য়াওরৌ শা শঙাই শঙাই তুঙাংঙাদা ফেনজিনখিবনে হায়না তাকলমএ। অদুনোংগীবু লমলেন ফেনমতাক ও তৌনা কৌএ। লংমাই কোকপা তেন্দোংয়াম্না য়াওরৌ খুমনবু য়াংদৌ শারম লীবদা য়াওরৌ শারং য়াল্লমএ। শেল্লোয়না মীকৌনা লংমাইনার তেংথানা শারংবুদি ঙারং ও কৌএ। অদুনোংগীবু লমলেন ফেনমতাক ঙারংয়ান ও থোম্নৈএ।
*(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

## ফেলখামসঙ (লালব্রাই)

লমলেন ফেলখাম সঙ ও কৌবদি। কমপোংনানৈ থুমপুম নানৈ চাঙাল নানৈনা অয়ুক চামায়লাংনা লংমাই খুললানগে লাকপদা। লাইরেল মৈতেংঙুনা কমপোং নানৈ চাঙাল নানৈ থুমপুম নানৈ নংদি করিগী লংমাই খুললাল্লাকো। খোয়পুঙ লৌচাওবা তিঙয়িকুম লৌওনবা মারাংকি নাওসাপানারিঙেনে হায়না লাইরেল থংচীঙ মখোকলাংনা খামনা ফারে। অদুনোংগীবু লমলেন ফেলখামসঙ খামসঙ লমমাহল ও তৌনা কৌয়ে। তাঙচা মসম ব্রায়না ফারৌয়ে লালব্রাই ও তৌনা কৌয়ে।
*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*লম অমবু ফেলখামসঙ কৌবদি। কমবোং নানৈ থুম্বা থুম্বুম নানৈ চাঙাল নানৈনা অয়ুক্কী চাকঙল*

*চারগা নোংমাইজিং খুন্দা লাকপদা মৈতৈ নিংথৌ নাউথিংখোংনা নখোয়দি করিগী লংমাই খুন্দা লাকপনো নতাং নারৌ তৌশিন্নবা লাকপা ওইরিগনি হায়না নাউথিংখোংনা তাখোকনা খামনা ফারে। অদুদগী ফেলখামসঙ লম অহল কৌই। মশম ব্রায়না পায়দুনা ফাহৌই অদুদগী লালব্রাই কৌথি।*

## ফেলপোইলৌ

হাওরৈ নোংপোকলা পাংবরম লমলেন ফেলপোইলৌ ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। সেলোয় অতাওঙাবীগা লংমাই অতাওঙাবগা সেলোয় ইপল লম লংমাই ইদুলমবু চংলগনুসে। শিবসুঙ শিমন্নসে নাবসু নামন্নসে হায়না পোইনা হামনা চৎলময়ে। অদুনোংগীবু পোইরৈ লমনুংশি শিমরৌ নামাকোল ও থোন্নয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## ফৈতেনবী

তোরয় নমসাংমাতি। অসাইঙৈকী তাইপং কোকপা ব্রাংপাকী মহুই খানপানা খোইমোম লাইচমপু তানখৎলকপাতা। খোইমোম লাইচমনা ফৈরা চেন্না চেন্না চেনখিএ। ফৈতেনবী থোননৈএ।

*(তোরৈরোন লম্বুবা)*

## ফৈয়েং

(১) পোইরৈতোন্না খুম্নোকলকঙৈদা খাবে মঙা চেকপ মঙা লোঙনা ফাইরময়ে। ফাইয়েঙ লমমাপাক কৌয়ে। *(থেনলোন)*

(২) লোইমোম ফৌওইবীনা খোইনৌ মতা মঙামগা কোরৌ নুমিৎ অমবু ফাইয়ে। ফাইয়েঙ ও তৌনা কৌয়ে। *(ফৌওইবী ব্রারোল)*

## ফোইচিং

(১) ফোইচিং ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। থাংঙা সোকসোম্বীগা কম্বোং ঙাওঙাওবগা খুমন নিংথৌ পুন্সিবা মখুৎথা তাউচীঙ নানৌবা হৈরাঙ চীনথোইববু তাওচিঙ হৈচেন্নাঙৈদা। মমোম হৈবু খঙনদা মদু হৈবু থানদবগী মৈফুবা সাফুবা লাইমকোন্দা চাক্তাবা শানা থাংঙা সোকসোম্বীগী মথিক মথা ফোইনা চারে ফোইচিং ও কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*ফোইচিং কৌবদি করিদগীনো। থাঙ কম্বোং কাংবুগী সোকসোম্বী কৌবীগা ঙাওঙাওবা কৌবগনা খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা থারম্বা মনা ইনৌ নৌবা হৈ অথুম্ববু হেকপদা অতোম্বা মীশিংনা থাবা হৈগী মতিক মহাও থানবীদবদগী, মমৈ ফুদুনা খুদম তাকপা ফুবা লাইমকোন্দা চাক্তাবা শানা থাংঙা সোকসোম্বীগী মথীক মথা ফোইনা চারে হায়বগী ফোইজিং কৌথি।*

(২) থাঙঙা শোকশোকপীগা মদু কমবোং ঙাঔবগা খুনু মালথিক তোংবু চেন্নরকপদা। পানবা মাঙথানা কৈরেল তুংইন্নরকপগী থাঙঙা শোকশোকপী কমবোং ঙাওঙৌবীবু পানবা চিনগোই চন্না য়াওজরে। মমোম থাঙঙা শোকশোকপিগী থিকলেন মাথা ফোয়না চারে ফৌইচিঙ ও কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## ফোঙতাউবী

ফোঙতাউবী কৌবদি তাওরোইনাইনা লাংয়েন তরেৎ থেৎনা লৈনুংদগী ফোঙলাওনা তাউথোকরকয়ে। ফোঙতাউবী কৌয়ে। *(লম্মীংলোন চেথুপ)*

## ফৌকাকচাউ

নোংয়াই মতাইমা লৈমা থিংপাইতোনুসুকা খুনচান মেনুলৈমা মেনাংলৈখামফাপীকা। খোয়নৌ মতা অনিমনা খানলৈ লৌতাপাতা পাউমেননাখিএ। খুনচান মেনুলৈমা মেনাং লৈখামফাপীনা পাউমেনখিএ। হে খোয়নৌ য়িতা লৈমা থিংপাই তোনুসুব্রো। খানলৈ য়িপিংঙানা লৌতাপা অসিপু থাঙয়ি পীফাপা লোইমোম নাউচোংববু থাঙয়ি কনাগী ফৌনানা চাউপানো য়েংখিসে হায়না য়েংনাপাপু। লৈমা থিংপাই তোনুসুকী লোইমোম ফৌকানা থোইনা চাউএ। অতুনোংকিপু লমলেন ফৌকাচাউব্রো কৌপাপু পোইরৈ হায়মন তানপানা লমলেন ফৌকাক চাউব্রো তৌনা কৌএ। অতুসুং মতোমতে।

ছইতৌ নিংথৌ য়েনকাইপা চংপী মকয়রেনপু চকমোম খামপী মৈপোক থোকলাপাকী। থাঙয়ি অকেমপা লোইমোম অকাপাপু মোংপা তোরয় থননা তাউথরকয়ে। অতুনোংকীপু লমলেন ফৌকাতাউব্রো কৌপাপু পোইরৈতা ফাথিপানা ফৌকাক চাউ ও তৌনা কৌএ।

*(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*খানলৈ - লৌ। য়িপিংঙানা - ঐখোয় অনীনা। থাঙয়ি - ফৌ। পীফাপা - মপান ফাবা, মপান চাউবা। লোইমোম - ফৌ। নাউচোংববু - অনৌবা চোংববু। চংপী মকয়রেনপু - ফৌ হাপ্পবা কয়বু। চকমোম - মৈ। খামপী মৈপোকথোক - মৈ চাক্লবগী। মোংপা - তুরেল।*

## ফৌকাকচাও ককলেন

ফৌকাকচাও ককলেন কৌবদি কদৌনোংগীনো। নাহয়োং য়াইস্কুল লাল্লোই তরেৎমনা হাওনু কৈসিতোলবীবু ব্রাইরা মাশা ওইরবগী। মপারিবু পোকপগী লোইদাম থাশীং শুদরিঙৈদা হাৎখরবগী। মথংলেন ককলেন নোংদম শুজা অথৌবনা মপারি থাদা কোন্না মীখপখিয়ে। পারি ইবুঙো ইপানা কোলোই নমিংথোনগে খারা খুৎচুপ খুৎমিয়া কৌগে। পলেমগী কারোং খুৎকুম তৈরুহিগে পারি নংদি লৈরমখো। য়োইবুনাই মনেম মচাগী তাংজ খোঙখুল লীরকয়ে। য়াইস্কুল লাল্লোই তরেৎমক্তি লোক্তাক ফুমমিথক্তা লৈরমলে। ককলেন নোংদম শুজা অথৌবনা য়াইস্কুল লাল্লোই তরেৎমবু য়াহৌরুরে। য়োইবুনাই ইনেম মচাগীদমক কারোং খুকুমগে হায়না লাক্লে। য়াইস্কুল লাল্লোই তরেৎমা নংখোইবু চায়না খোংফেম্নসে মারোং চুংফুনসে হায়না চায়না খোংফেম্নরবদা। ককলেন নোংদম শুজা অথৌবনা তরেৎমক্কী তাংজ লুরেন তরেৎমকপু লাল্লু চোমমাই ফোইরক্লে ব্রায়রা মাসা ওইরক্লে। য়োইবুনাই মনেম মচাগী তাংজ লুখাথানরে। অদুনোংদগী ফৌকাকচাও ককলেন কৌয়ে।

*(লম্মীংলোন খুৎই)*

## বাশিখোং

লুব্রাং য়াংহনবনা মনাও য়াংখুববু হাৎননবা হোৎনবদা য়াংখুবনা খংলক্লদুনা মচিন মনাও কূ য়ানবা চৎমিন্নবদা য়াংহনবনা কূ মনুংদা চংলিঙৈদা মনাওনা কূমাই য়েশিল্লগা কূয়ালোক্তগী ঈশিংদা থাদোকপদা লাইজ ইচেল মতুংইন্না য়াংহনবনা কূ মনুংদগী বাশি খোংলদুনা তাউথরকই হায়বদগী মফম অদু বাশিখোং কৌনখি। *(লম্মীংলোন)*

## বিষ্ণুপুর

লোইয়া মতাইমা হাওরা লমলাংতোং খোইমোম লাইমিংখু কুমনরম চীংঙু লাইব্রাংলা তানালমতা পোইরৈ লৈপাক পুয়া তিম্না কোনুং চাওকোই শেমনা অসুমনা পোইরৈ লৈপাক লিংখৎলরবদা মদাইরেম পোইরৈ পুম্নমা কাওচেংয়ামবা মীচিকতা থিংপা য়াম্না লাংতকনঙমলবা পুম্নমাসুং লাইরেন মৈদিংঙুবু চীংঙু নোংথৌ সোরারেম্না মালেম তমপাক লৈতারকপগুমনা খঙলৌদনা ব্রাইথুংলরবগী হরাও পুক্লিং পেল্লে। চাবা পুকথন খঙজরে তুম্বা য়াহিপ শুরে। নহা নুবী হনু হনবা খাক্তনা লাইরেন সনা মখোঙখাদা চেনকা য়াঙলক্লে। লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ তাইবং সোরারেন শংশংবা ইবুংঙো তাও ও। নদাইরেম ঐখোয়দি নুংলক হারা অচেপ্পা হাবু হৌনা ব্রাখা লফু চাওচন খুৎথাহে কালেন লাইজা ঈফংদবা ঈশিং ময়াং কংবদা লৈবা লেমলৈ ঙাগুমলে। ননাই ঐখোয়দি হৌজিক্তি লিকলাই কোরৌ ইনোংথৌনা ব্রাইথুংলরবা অসিদদি। পোইরৈ করিগী থোংখোংবু নীক্তবনো তেৎনৌ কনানা য়ুহা হারকপনো হায়না অসুমনা পুক্রমজয়ে। লাইরেন চেংলৌ শকপানথোং কোরি নাপোমথোংবু চিংনা য়েংনদি অনি কোম্না অহুম কোম্না হায়হৎ লৈফাইতু থরো মালেম লৈদা ওম্না অসুম্না মীয়াম পোইরৈ লৈপাক কপ্নয়ে। লাইরেন মৈদিংঙুনা মিৎকোই লাইজ ঈফম তাওনা প্রেম ঈথকহৌনদি পাওমেল্লকলে। হে ইদাইরেম পোইরৈ লৈপাক পুমনমক ও। নহা নুবী হনু হনবা নরখোয় পুম্নমক ও কপ্নগুনো তাঙাইরে হায়না খামজিল্লে। হাক্তক লাংওন অসিদদি লাইরেন কোরৌ ননোংথৌ ঐনা পোইরৈ লৈপাকপু ঙাকফরোইএ। কোরৌ নোংমাপা ঈশ্বর মপুরেম্না শ্রীজিথোইখোইবা ননিংথৌ সনা পম্লু ওইরসুনো। লাইরেন ঐনা নিংলিবা অসিদবু নখোয় পুম্নমকসুং নিংবিও হায়না পোইরৈ লৈপাক পুমনমকপু পেলহল্লে। ব্রারম অদুগী মতুংদা লাইরেন মৈদিংঙুনা অহিং নোংথিন নাইদনা

শংলৌ থৌরাংলে লাইরেন য়েনলাং ইঙম তমলে। তুবী ফমথৌ মঙাইরোই লাইরেন নিংথৌ মহিশাং লেংগাতিন। ব্রহ্মন পণ্ডিত নাকলৌশিন্না চীংঙু মহকশাংবু শংশং লিংখৎলে। খোইমোম কোরি পামপোমথোং থবাক ঙানফমশোইদা পুকশি হুইথাপ শোইনাতা খোইচি খোইয়া শেংক্রুক পাফন ফৈকন খুকউ কাংকোই খুরাই খোংচেং খোংনাও খুচিন লৌব্রাই শমলাং খোইখোইতাবা শোইনাতা চিনবান মোইকাইয়াংপু শোইহন্দা নাতোন তাচি অনিমকপু তিল থোইদিং মপানকুম মাননা নাখাং নাপোমতিং মিৎলু থম্বাল মান লৌব্রাই কোইরেনথক্তা ব্রাহোং শিখি চন্দ্রিকাকি তুনিংথৌনা কোকলেন লুফম নাইএ। খোংকা খুৎকা খুজিন কুনমকপু নিনিপানবা থাগুমনা মকোই খাফাং মান্নএ। য়োইবু মশানৌগা শয়েং শোইনদা পাম্বোম হেন্নদা। শমচি হুকতুংথাংনা শম্মে শমদোন য়োম সনা খুচি পন্নেনহৌ সনারিকনা ঙাঙ্গোই হুকনা। চিংঙু মতে মনাওবু চোইনৌ সনা ফান্থেংথক নিংথিবা সনাগী সিংহাসনদা থাঙ্গত্তনা জীবন্যাস তৌনা লাইশেংলবদা। অধর মূরলী মতৌ উরবদা। লাইরেন মৈদিংঙু শ্রী শ্রী যুক্তা জয়সিংহ মহারাজ নোইনাই কৌবা চীংথংখোম্বনা পাম্বোম থম্বৌ লৈরায়োনগুম্বা অনিমকপু থাঙ্গত্তনা জগোই লেপলৌ শারে। লাইরেন ঐঙোন্দা চীংঙু চেংলৌ নশকরেন উৎলবগা। লিক্লাই ননোংয়াই ঐনা সনা মূর্ত্তি নহাকশাংবু লিংখৎচবা অসিগা শোইনদরে হায়না। প্রেম ঈথক হৌনা চীংঙুসনা নখোংখাদা লাইরেন ননোংয়াই ঐগী নিংথৌগী পোৎলোই অয়াম্বা অসি। চোং শেকপিন্নচিংলিবা খৈবিকপু গোলোকনাথ মপুরেন খোইমোম সনা নখোংখাদা কচচরবনে। ইপোইরৈ সনা লৈপাক অসিদা চেৎনা ঙাকপিরো অসুমনা কচচরে হায়দবরা। চীংঙু মরনকু খোইমোম মথৌজানগী পোইরৈ মরাংহৌ ব্রাংঙম মথি নাইরক্লে। কোনুং মমিং থোংবু বিষ্ণুপুর হায়না কোলোই মমিং থোল্লে। *(শামুফাবা)*

*মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মমিং জয়সিংহ নত্রগা চীংথংখোম্বা হায়রগসু খঙনৈ। খৃষ্টাব্দ ১৭৭৪ দা অব্রানা লান্দারকপদগী মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র ময়াংদা চেনখরে। মতাং অসিদা ব্রাংখৈনা লৈপাকঙাকই। খৃষ্টাব্দ ১৭৭৫ ফাইরেন থা ১৬ নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র ময়াংদগী থোরক্লনা ব্রাংখৈনা লৈপাক ঙাক্রম্ববু ফাইরেন ১৮ নি পানবা ইরাইদা ময়াংদা তাম্মোকত্নুনা নিংথৌ ওইরে। মহারাজনা লমলাংদোংদা লৈরিঙৈদা কাইনদা থৈবোং য়েংলগা খৃষ্টাব্দ ১৭৭৬ হিয়াঙ্গৈ থা ১৯ নি পানবদা শ্রীগোবিন্দ নির্পন তৌই। লমলাংদোংদগী লাংথবান কোনুংদা হোংগৎলক্লনা গোবিন্দ অভিষেক তৌদুনা নুমিৎ ৫ নি রাস শাম্নে। লমলাংদোংদগী লাংথবান্দা হোংলকপবু চৈথারোল কুম্বাবদা অসুমনা ইরি। "শক ১৭০০... ব্রাকচিং ৭ নি লংমাইজিংদা মহারাজনা লাংথবান য়ুমফম য়েংবা চৎলে।... শজিবু ১৩ নি য়ুমশকৈশদা কাঞ্চিপুরদা ইবুংশি যুবরাজনা নিংথেমগী শংগাইরেন শাইএ। কালেন ... ৩ নি লৈপাকপোকপদা মহারাজনচিংনা বিষ্ণুপুরদগী কাঞ্চিপুর তাম্না লৈপাক পুম্নম ওংএ। হিয়াঙ্গৈ ... ১১ নি ইরাইদা কাঞ্চিপুরগী রাসমণ্ডলদা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌএ। নুমিৎ ৫ নি রাস শাম্নে এ।"*

## মকু তুরেল

লমলেন মদাইমা থাই ইতৈপাল মকুরোক লোকচাও ঈ অহোং অরাংখুন ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহাম্নোং হয়িঙৈদা চীংচেংনারল পাঙ্গলব মপারি পামেল উমিৎলোইবু মিংথোলনবা থৈবোং অহনবা থাংই ফৌমিংনবা মোলথৈ অতোনবগা অনিমবু। পলেম মমা ফৈত্রি থোংনাং মমোমলোন লৈরি লৈসংখোম্বীনা ইপারি ইবুংঙো অনিমা ও। নয়ু থাংয়িবা মকাইফম নপল চেংলৈবা ময়িমনাক পোইরৈ তানথোং ময়ুংকুই লেমথোং মফেপাকপবু ইন্দালখো হায়না সমু মাংদ থানা থিল্লকঙৈ। পলেম ইমা পোকমাবী ও লাইজ ইখৌ লাংঙে হায়না পাওমেলববু। পলেম মমা পোকমাবীনা তাপুং লোকচাওরেন অসিপু লাইজ ঈরৈতে হায়না পাওখুমলিঙৈ। খোইমোম চীংভুরা মরলকুকী চীংলেন লোকমাইথম্না লাইজ ঈসৌখৎলকয়ে। পলেম মমা লৈরি লৈসংখোম্বীনা পারি ইবুংঙো অনিমা ও খোইমোম লাইনা কুবিরে হায়না শোল্লম্মে। অদুনোংগীবু খোইমোম মকুরোক ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মকু তুরেল - কাছাড়গী বরাইল চীংগী অরাং নোংচুপ ভমখৈদা লৈবা থিংদোন চীংদোলদগী লোকমচা কয়ামরুম তিম্নরগা মকু তুরেলনা থা পাংনা তমেংলোং এরিয়া ফাওনা চেল্লকই। মমৈদা কাছাড়গী লম কালানাগাদগী মখারোমদা মাইল অহুম চৎলগা মকু অমসুং বরাক ঈচেল তিম্নরৈ।*

## মকুশা

শেনবী মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোম্না খুনথিরকপদা। ময়িম শেনবী কবোনা কোরৌ নোংলুপান অঙৌবগা কাইরৈ ময়েনলুমগবু পিচাঙামএ। অদুনোংগীবু মাকুসা ও কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্নোক)*

*কবো লমদম অমদি চীংখোঙ পোইরৈতোননা খুন্দাকম থিরকপদা কবো লমগী মীনা লুপা অমসুং য়েনগী য়েরুমগা পিরম্মী। মরম অদুদগী মকুসা কৌথি।*

## মকোই নোংলোনপাই

(১) কৌবা অঙাংঙা মপারি খোইনাই খুন্দাবনা কেগে মপারম্বু খুনকুমলকপদা। মায়িম কেগে য়াহায়না মোইরাং মীকৌনা খোইমোম লাইবুদি নোংলোন ও কৌয়ে। নোংলোন অপককানা পাইবা অসিবু

কদৌবনো হায়না কোইনা কোইনা য়েংরময়ে। মকোই নোংলোন পাই ও থোম্নেয়ে।

*(লম্মীংলোন খুংই)*

(২) মকোই নোংলেনপাই ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কৌবা অঙাংঙানা মপারি উরা খুন্দাবনা কেগে মপল্লমদা খুন্দাগে হায়বগীবু। মোইরাং অঙাংঙানা কোরৌ নোঙদোলথক্তা কোইনা কোইনা য়েংলিঙে। ময়ুম কেগে মোইরাংনা খোইয়ুম লাইবু কৌবদি নোংলোন ও কৌয়ে। খোইয়ুম লাইনা কোরৌ নোংদোনথক্তা পাইনা লঙনা লৈঙময়ে। অদুনোংগীবু মকোই নোংলেনপাই ও কৌয়ে।

*(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

## মকোইহাম

কৌবা চিঙশামদি মকোইহাম ও কৌবদি। চীংখোঙ পোইরৈতোননা মালেম খুনফাউরকপদা মতৈলৈমা লৈনাউতাবিগা মপারি খাইনায়াম মমোম তোকনা হকপগীবু। লুব্রাং চীংবু কদাইনো হায়না কোয়না য়েংঙৈদা। খমনুং লাংওনবা শাব্রা পলকেলবনা ফিবুল লুদাথোঙনা য়াইথোঙ কুম্বশুম লৈঙাময়ে। করম কাইবনো হামবনো হায়খিয়ে। অদুনোংগীবু মকোইহাম ও কৌয়ে। *(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

*চীংশা অমবু মকোইহাম কৌখিবদি। চীংখোঙ পোইরৈতোম্না খুন্দাবা লাকপদা মতৈমা লৈনাউতাবীগা মচানিপা নুপী কায়নবা য়ামলবগীবু লুব্রাংচীংবু কদাইনো হায়না কোয়না য়েংবদা শিখরবা মীনা ফিবুল কোক্তা থাঙ্গৎতুনা অশিবা মীশুম লৈরম্মী। করম্বা অকায়বা অহাম্বা পোৎনো হায়খি। মরম অদুদগী মকোইহাম কৌখি।*

## মকোকচীং

(১) শেনবী খুনখিরকপা কবো খুন্দারকপা কাঙবুনা চীংদোলপোক লৈববু থেংনরম্মী। শেনবী কবোনা চীংদোলপোকপু শেল মকোক কোই। চীংদোনপোকপু লৈরম্মী হায়দুনা শেল মকোক হায়বদগী মকোকচীং কৌনখি। *(লম্মীংলোন)*

(২) লহাননোং খুনুং লাংবা চকঙৈ গুরু খুয়া লৈখোংখাদা থৌরম লঙজথোইবগী গুরু কোল্লোয় ময়াংথং য়াথং কোল্লোয় মীচৈখোনবু হেপতোকফদনা। মকোক তাউবা হুইবু ওই মশা তাইবং মীবু ওইনা য়াংগোইরুঙৈ। চীংঙু মরনকুগী তাউবা হুইকোকমবু হিকতোকলে। অদুনোংগীবু মকোকচীংও তৌনা কৌএ। অদুসুং মদোমদে। লহাননোং হয়িঙৈ অব্রাং ফাৎলৌ লাইমকোন লিলব্রাই ঈমরুগী। নয়ু তুবী য়োইনোংতা নোংদালাইরেন পাখংবনা লিলব্রাই লাইজ ঈরম ইম্না পোইরৈ খুনকুমলকঙৈ। তুবী তাংজা মকোকতোনবু কোরৌ নোংশামৈদা ফিফৌঙামএ। অদুনোংগীবু মকোকচীং ও থোম্নেএ।

*(নোংমাইজিং থিরেন )*

*চক - য়ুগ। হৈয়িচক , হয়াচক, খুনুংচক, লাংবচক চক মরিনি। খুয়া লৈখোংখাদা -খুয়াখাদা। লঙজথোইবগী - লাম্লুবগী। কোল্লোয় ময়াথং - মাগী পাউতাক। য়াথং কোল্লোয় - হায়বা ব্রা। মীচৈখোনবু - চৈববু । হেপতোকফদবা - হিকতোকপা য়াদবা, কোয়থোকফদবা। য়াংগোইরুঙৈ - লৈরুঙৈ। তাউবা হুইকোকমবু - হুইমকোকপু। হিকতোকলে - নানথোকলে। লিলব্রাই - ইরিল তুরেল। লিলব্রাই লাইজ ঈরম ইম্ন - ইরিল তুরেলগী চেনথখিবা ঈচেল মতুংইম্না ।*

*মকোকচীংগী মতাংদা নোংপোক লৈহৌচিঙদা অসুম্না ইরি - "মৈতেংঙুতুপী য়োইনোংতা নোংতা লাইরেল পাখংবনা লিলস্রাই মচীংখমগী পোইরৈ খুনকুমলকঙৈদা মকোকচিঙ কৌবদি নোংমাইচিঙগী মকোকনে। নোংমাইবুংনে নোংমাইচিঙগী মকোকনে। মকোকচিঙ লৈমা নিংথৌগী পুন্সিনিফমনি।"*

## মখি লৌথোংপাক

(১) মখি লৌথোংপাক ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। ঙালবা খমচিঙ কোলগা চিঙথোঙ পোইরৈতোনগা তালোই খনবম্নবা ব্রাগী মশা মাহাকফংনা শারেল শাবু লাকপগুম লাকনরে। লমলোই শারাকপাল ও থোম্নয়ে। মশা মহাক ফংনা চিক্লরে ঙালবা খমচিঙ কোন্দি মঙৌ মায়াখিনা খাঙলে মাখি ও থোম্নয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*ঙালবা খমচিঙকোলগা - ঙালবা শলাইগী খমচিঙকোলগা। তালোই খনবম্নবা ব্রাগী -মতু মিহৌনবা মরমগী। মশা মাহাক ফংনা - মশা শোক্লা , হকথেংননা। মঙৌ মায়াখিনা খাঙলে - মচীন ময়া খিগত্নুনা খাঙলে।*

(২) চীংখোঙ পোইরৈতোনগা ঙানবা খমচিংকোনগা সারেনসাপু লাকপাকুম লাকনরে কংলৈ সারাকপাননে। ঙানপা খমচিংকোনবু মসা মহাকপু ফংনা য়ারেন খোংখৈফংনা চীকলবগী মঙৌ ময়া খিনা খাঙলমএ। অদুনোংগীবু মখি ও থোম্নয়ে। থোংপাক নুরাবী লাংলেন কোঙয়াং ব্রাপুরম পাখং হুইয়াই চেননালম ঙানবা খমচিংকোনগা চীংখোঙ পোইরৈতোনগা তালোয় ব্রাসোকনাপা লমনে।

*(পাখংবা নোংকারোন)*

*চীংখোঙ পোইরৈতোনগা ঙানবা কাংবুগী খমচিংকোন কৌবগা অনীনা ফুনদুনা লাকনরে হায়বদগী কংলৈ সারাকপান কৌখি। ঙানবা খমচিংকোনবু পোইরৈতোম্না ময়ানা কম্না চিকপদগী মচীন ময়া খিগংনা খাঙলম্মী, মরম অদুদগী মখি থোম্নখি। থোংপাক নুপীনা ব্রা-পুবালম পাখংশিংনা চেনথোক চেনশিন তৌবলম ঙানবা খমচিং কোনগা পোইরৈতোনগা মতুগীদমক ব্রাথোক্লবা লমনি।*

## মচন পোংনুখম

মচন পোংনুখম হনবচা কারম্বা নুফৈ সেংচৌনবনা লমতাইব্রাই মচন পোংনুখম ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহাম্নোং ইরেম লাইবা খবরা পাউওনবা মমোম পোংনু নুকোনবা চনুগা মখান অখাই খাইথিবগা। খোইপু লৈশাংখোংগী লেমলৈ ঙাওল্লুবগী মরান ওন্দেরকপদা। ঙৌরোকপা তরা সুচা মসাইকোনবু নাতৈননা লমলেন থরোইবীলোক্তা মহুই খঙনদববু খঙনরে মমাল লমদনবু লমদম্নরে হায়বগী। তাংজা ইকাইব্রাগী লমলেন লৈতাং য়ুম্মোইকোলদা তরা চাথংদা লাইজ ঈথক্তা কোরৌ থোইনা য়েং ব্রাংপল পাংনা য়েংনা। লহাম্নোং অতোল লাইকাংবা মসুমাং তেরা উতোমপোক্তা য়াকাচেক লাম্লোই পাওবিতেক্তা লাইজ ইরাইঙাল হুপনৌ খাংতপব্রাইনা চাকোকপা চেক থৌবাল উপোং পোংলাংমৈবু ওইনা লাংওনখিয়ে। অদুনোংগীবু মচল পোংনুখম ও তৌনা কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*লমতাইব্রাই - ঈরাংফম, তাইনবা লম। খোইপু লৈশাংখোংগী - খোইবু লৈশাংগী খোংদগী। লেমলৈ ঙাওল্লুবগী - ঙা লৈরুবগী, ঙা তিকলুবগী। মরান ওন্দেরকপদা - ময়ুমদা হম্নকপদা। মশাইকোনবু -*

*মাগী লমবু, ময়ুমবু। নাতৈননা - থংননা। মহুই - মমৌ। মমান - মকু। লমদনবু - লম্বীদা পনববু। লমদম্নরে - য়ারেক্তুনা লৈরে। তরা চাথংদা - চাক চাদনা। লাইজ ঈথক্তা - ঈশিং থক্তনা। কোরৌ থোইনা য়েং ব্রাংপল পাংনা য়েংনা - নোংদোনথক্তা য়েংনা। লহায়োং - থায়না। অতোল - খুমন। তেরা উতোমপোক্তা - মশক নাইরবা তেরা পাম্বীদা। য়াকাচেক - পাইরকপা উচেক, তোংলবা উচেক। চেক - উচেক। উপোংপোংলাংমৈ - উপোং পোংলাংমৈ কৌবা উচেক। লাংওনখিয়ে - মপোক অমদা পোকপা।*

## মচল লৈমা মচীংজিন মনিঙলৈমা শোন্তাকচীং

থৌবাল মদাইমা মচল লৈমা মচীংজিন মনিঙলৈমা শোন্তাক ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। ব্রাংঙমলোন থোংঙাইথোং মৈদিংঙু নাওকনবা চনু লিনবান য়োইনাওহনবীবু মথংলেন খুমন নিংথৌ পুরান খুনৌশিবদা মরান লুহোং খোংদোংঙে। মদাইরেম নোংয়াই অশৈবা এলব্রাই নোংলেনব্রাক মরিং খুঙমপুং নাশেনবা ফানাপুংবু লেংলোই য়াম্না পানবা কৈয়েক লাফা চৈদি পুংজে ফৈনা হাইনা তোইওংথাখিয়ে। মদাইরেম হুইদু কুমলংব্রাকনা শমু তুংবুম্ননা খোইবু পুঙমপুং শমপাকপা ফানা পুংবু লেংলোই য়াম্না। থিংলৌ কোংহনবা ফানা চৈবু পুংজে ফৈনা হাইনা তোইওংথঙেদা। লোইবী চীংজরোই হাওনু লৈমাবীনা তমফাবু ইনিঙলোন ও কৌঙময়ে। ব্রাংঙমলোন থোংঙাই থোংনা ঐবু লৈমা অশোইবী হেম্বা অমাংবীনে। তমফা ঐবু ইনিঙলোন কৌঙময়ে হায়না নোংথি মরৈচম্না তিল্লাংহাইশিংননা শোনমোইরময়ে। অদুনোংগীবু খুমন লৈমা চিনওনচীং মনীং লৈমা শোন্তাকচীংও তৌনা কৌয়ে। *(লৈরোন)*

*ব্রাংঙমলোন - মৈতৈ নিঙোন। মৈদিংঙু নাওকনবা চনু - মৈতৈ নিংথৌ নাওহনগী মচানুপী। পুরান খুনৌশিব - খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গাইবনা চীংয়ায় ঙানুরোন পাম্নদুনা পুরান খুনৌশিব, নিংথৌ শিয়ারোং, থোংহন, থোংয়ায়, লাইপা হায়বা মচা মঙা পোকই। পুরান খুনৌশিবদি মচা পোক্রমদে। লেংলোইয়াম্না - লেংবান্দা য়ান্দুনা। তোইওংথাখিয়ে - লুহোংদুনা খিনখি। নোংথি মরৈচম্না - য়াম্না শাউনা। তিল্লাং হাইশিংননা - মতিলশিংনা। শোনমোইরময়ে - মুরুম মুরুম শোল্লম্মী।*

## মননা সোয়

লয়রায় মুংপীমাতি। খুনচান পুংতুমচা লাইনাচিংনা খরায় চাংতোল খল সোয়রেল খমখাং লৌনা সোয়সেনপাপু লেমলৈ ঙাচং তামলে। হৈরেম মনিংথৌনা ব্রাতাথিখিএ। থাঙলেন মখুৎসুনা য়ানথুরে। পুংতুমচা লাইচিংপা মননা সোয়ও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*লৈরায় অতোঙবা অমদি। খুনজান পুংদুমচা লাইনা চিংদুনা শোয় শেমদুনা লুপুম্বুবু ঙাচঙবা ব্রাৎপদগী হৈরেম নিংথৌনা শাউখি। নিংথৌনা পুংদুমচা লাইচিংববু থাংনা য়ান্দুনা হাৎলি হায়বদগী মফম অদুবু পুংদুমচা লাইচিংবা মননাশোয় কৌখি।*

## মণিপুর

(১) নুংগোইবীগা তাইপোঙথোংগা অনিগী মরক্তা মনি অমা লৈয়ে। মনি লৈবগী মণিপুর কৌয়ে।

*(শদিং শকোক)*

(২) খুনুংচক কৌবা চুকতা লাইফম অসি (নোংমাইজিংগী লাইফম) মাঙখ্রববু হনু লাইওইরবা অমনা লাইবু খুরুমজদুনা। লাইনা মৈতৈ লৈপাক অসিবু মাঙফদে হায়দুনা লাইফম মাঙলববু খাক্তুনা তাকপিরমএ। হনু লাইওইরবা অদুনা লাইফম খিবিকপু শেমগৎলবদা লৈবাক নুংঙাইরে। লৈবাক মমিংদি মণিপুর লৈপাক কৌয়ে। *(নোংমাইজিং খিরেন)*

(৩) মৈতৈ লৈবাক্কী মমিংদি - হয়িচক্তা তিনলি কোকতোং অহানবা কৌএ। খুনুংচক্তা মীরা পোংথোক লম ও কৌএ। লাংব চক্তদি হান্না শেম্বা কোম্না লোইবা ও কৌই। কোম্নচক অসিদদি মুন্নাপল্লি ও কৌই। *(শকোক লমলেন)*

(৪) সান্তদাস মহন্তনা সিললোত মপুঙয়ায়বু নমদ হুন্না। সেবোক মপারি ভগবান্দাস নারায়ন্দাস অনিমবু ঙাইরোইননা। লোইবী চিঙখাঙ লাননা পোইরৈ সনাপুঙদা ব্রাইথুংলারাপাকা। লাইরেল মৈতেংঙুনা বৈষ্ণব মখাদা কাওবি চীগালুক্লা ঈরাৎ পুরুমজরবদা। লম্বোই মফম শেম য়োইনা থৌখল ব্রাৎতনা অসুম লৈরবদা। সান্তদাস অথোইবনা পোইরৈ সনাপুঙ অসিগী লৈখোঙ নোংহৌ হং লমচৎ মতৌয়েং চৈরৈ ফিসেৎ উনা পাউহংব্রাগী। লাইরেল মৈতেংঙু লৌশিং নোংলৈ য়াঙকুম্বনা লৈবাক মতিক হায়না পাউখুমখিয়ে। হে বৈষ্ণব অথোইবাও ব্রাংঙম লৈকোইরেল অসিদি কোরৌ নোংমদোল তাউতলবা মহুমনুংগী নোংলূম য়াইরংচালবু ওইনা খুলকুমলকয়ে। সূরুং য়াইকোইরেল অহোবা মালেম মরোল ফাওববু ময়ায় ফমদোংফম ওইনৈএ হায়না উন্থম কাম্বি মরম হায়না পাউখুন্নবদা। বৈরাগ্য লাইবু নীংবনা লৈবাক মতিকয়েং নিংথৌ য়াথংতানা পাউমেল্লকয়ে। লাইরেল মৈতেংঙু পোইরৈ লৈকোই ফম্বাও ব্রাংঙম নঙগী লৈকোইপুঙ অসিদি সৈয় রিতু তরুকমাবু মশীং সুইয়ে। ব্রাংঙম নঙগী সাখেরেলসুঙ নুমিৎ মহুমনুংগী মনি নোংলূম য়াইরংচালবু ওইনা খুলকুময়ে। সুরুং য়াইকোইরেল অহোবনসুঙ মালেম মরোল ফাওয়ে হায়রিবা অসিবু লৈবাক অরায়বা কোনুং অচম্ববু নত্তে। লৈবাক কোল্লোই মমিংথোংবু মণিপুর লৈময়োন ও হায়না মিংথোংসে। *(সনামহি লাইকন)*

*মৈদিংঙু গারবনিব্রাজ (খৃ: ১৭০৯ - ১৭৪৮) না পানবা মতমদা ধর্ম্মগী অহোংবা কয়া লাকখি। মহাক্কী মতমদা শ্রীহট্ট তগী লাকপা শান্তদাসনা মৈতৈ লৈবাক্কী মমিং মণিপুর থোনখি।*

*মণিপুরগী হৌরকফম মৈহৌরোল মণিপুর থোনখিবগী মরম পিরক্লবা বৃটিশ সরকারনা মহারাজ গম্ভীরসিংহদা খঙহল্লকখি। মহারাজনা পণ্ডিত ব্রাহ্মনশিংগা তানদুনা মহাভারত ব্রহ্মাণ্ড পুরায়চিংবদগী লৌথোক্তুনা শেম্বা মণিপুর থোনখিবগী ব্রারীগা লোয়ননা হিন্দু ধর্ম চত্তরিঙৈ সনামহি লাইহুই, পাখংবা লাইহুই, নিংথৌরোলনচিংবা পিখি। মণিপুরগী পুরান মথংসিননা পারবদা বিলাট মহারানীনা হায়রকই। বব্রুবাহন্না কদোমদগীনো নবুথৌ অমনা ব্রাহ্মন বৈষ্ণব চঙই, নবুথৌ অমনা মাইবা মাইবী চঙই। হে মৈতৈ নিংথৌরেল লৈবাক নিংথৌপানবা অমনা হংলক্লবদি ব্রারী মপুং ফাররোই। মরম অদুনা গৌরিয়া ধর্ম্মগী পুরান অমা লেংখৎহৌবগা লোয়ননা হিন্দু ধর্ম চৎতরিঙৈগী পুরান অরিবশিং অদুসু অচুম্বনি মাঙহন্দনা থম্মু। মতম অসিদা বব্রুবাহনগী ব্রারীগা মরী লৈননা মণিপুর থোনজিনবগী শেমদোক শেমজিন তৌদুনা ইবদা ব্রাহ্মন পণ্ডিতশিং য়াম্না ব্রানখি। মণিপুর থোনখিবগী মতাং বৃটিশ সরকারদা পিখিবা ব্রারোল ঔব্রাঙম্বদা অসুম্না ইরি। '' হেগিরাল (গ্রান্ট সাহেব) অচিতোল নবিঙানা লৈমা নিংথৌ অনিমগী দেশ মরৈবাকসু করিনো। ... মৈতিংঙুতুবি চিঙলেল নোংদ্রেল থোম্বনা মতাইরেম*

*পোইরৈ মৈতৈগী পণ্ডিত মাকোই পাওনিংসিংবগা ব্রাহ্মন পণ্ডিত লৌশিংথোইবগা যুক্তি ব্রাতানরবগা পাওখুমথিয়ে। দেশ ইরৈবাকতি চর্তুভূজ নরনারায়ন বিষ্ণু লাইয়িংথৌগী দেশ মরৈবাক বিষ্ণুপুরসুং কৌএ। ১ মাসুং বব্রুবাহনা মনি য়াইরংপু পুখৎলকতনা অমৃত সিদা য়াইগা ত্তাইরোইননা লৈপাক খুননিংথৌবু ওইনা পাম্নময়ে হায়বগীদমকপু মণিপুর লৈময়োনসুং কৌএ। হায়না অনজি লাইয়িমথা মুকমৈ নারিল সোলবগা সাহেব মখুৎপাকতা পিখিরবগা ... কুমপানি বিলাৎ সাহেব ঐখোয়না নিংথৌ নংগী অকন অথৌ জাৎ সাগৈরেলবু খণ্ডজনিণ্ডবগী বংশাবলি পুরানবু পিরক ও হায়খিববু। নিংথৌ নংনা হায়রকপা দেশ ইরৈপাকতি মধ্যদেশ মখোই মায়াই কৌএ কামখ্যাত ফাওরিবী কামখ্যা লাইরেম্মনা লৈএ হায়বগী মেখেলে দেশ মণিপুরসুং কৌএ। খোইমোম লাইগী সায়া মমিরেলনা পোকলৈ হায়বগী মণিপুর মৈতৈসুং কৌয়ে।'' অসুম্না অকোনবদদি হিন্দু ধর্ম্ম চংলকপগা মরী লৈননা শেন্থা ব্রারী শিল নমদুনা সাহেবতা থাখি। মৈদিংগু চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা - মহারাজ ভাগ্যাচন্দ্রগী মজা ইবুংঙোনি। মৈতৈ লৈবাক্তগী অব্রা তাম্থোক্তুনা নিংথৌ ওইখি। মহারাজ গম্ভীরসিং হায়না খঙলৈ। খৃ: ১৮২৫ দগী ১৮৩৪ ফাওবা পাম্নম্মী।*

## মৈতৈ

(১) মৈ লাৎপা সলাই তরেৎকী মৈফম তোঙান তোঙাম্না হৌবা মৈ হৌবা পুম্নমক্কী মপুনি হায়বগী মৈদিঙগু পাখংবা হায়না তেংথাই। মৈ তোপনা তোপনা হৌববু অরিবা লোন্দা তৈনা তৈনা কৌই। মদুগী মৈতৈ কৌই। তৈনা তৈনা তোপনা মৈ হৌবা মৈফমবু ফুঙ্গা কৌই। কাংলুপ ফারগা ফুরুপ কৌই। মৈগী থৌরাং তৌবা কাংবুবু শীংলুপ কৌই। অহিং য়ারেকপা মীবু মৈরিংবা কৌই।

*(কংলা লৈয়াৎ)*

*মৈতৈগী হাম্না লৈরম্বা লমচৎপু পোইরৈতোননা পুরকপা লীচৎকা তিনশিম্নবদগী লৈবাক অসিগী মমিংসু মৈতৈ পোইরৈ কৌই।*

(২) নিংথৌ কাংবগী মচা য়াইমা তৈমা কৌবগী মমিংদগী লৌদুনা মৈতৈ কৌখি। *(চকপারোন)*

*মৈতৈনা অব্রাবু কবোসু কৌই। ঐখোয়গী মৈবু অব্রানা মী হায়। মাসিদগী ঐখোইনা উবা ফংই হাম্না লৈরম্বা মীশিং অদুগা অনৌবা লাকপা খাগী অমসুং অব্রাশিং অদুগা মতম কুইনা লৈমিন্নরক্তুনা অমতা ওইনা তিন্নখি। মরম অদুদগী মী+ তৈ (তিন্নবা= য়ান্নবা)= মীতৈ হায়না থোনখি। (ভুগোল অহানবা)*

(৩) নিংথৌ কাংবগী মচা তৈ - মৈদগী মৈতৈ কৌখিবনি। মথংদা নোংলুমদগী ওইরকপা নোংমদোন লাইরেন পাখংবদগী হৌনা তরুকশুবা মগুশিং মৈতৈ কৌই। মরম অমনা অতোপ্পা মীবু মীতৈ হায়নসু কৌনৈ। অতোপ্পা অমনা গুরুশিদবগী মিদগী শেম্বনি হায়বদগী মিতৈ কৌই। (ভাগ্যচন্দ্র লারৈ লাথুপ)

## মপীথেন

লমলেন সেল্লোই মপীথেন ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। হেপী চেংলৈশুনা ব্রাকচিঙ থুমথৌরাঙৈ মদাইরেম লেংখু খুৎলুমহনবনা পানবা কৈশাঙৈ লেংখু পুরেলহলবী থাংয়ি চেংলৈশুনা মীকপখিয়ে। মদাইরেম নাকশেল তোলবীনা য়াহৌরকয়ে। অদুনোংগীবু সেল্লোয় মপীথেন মপী চিলফু মীকপচিঙ নাকশেলবী য়াহৌচিঙ সেলোয় মপীথেন ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*হেপী - ইবেম্মা। চেংলৈশুনা - চেংলৈ শলাইগী মশুনা। ব্রাকচিঙ থুমথৌরাঙৈ - ব্রাকচিঙ থাদা পিগদবা লোইপোৎ থুম থৌরবদা। মদাইরেম - মনাই। লেংখু খুৎলুমহনবনা - লেংখু লমগী খুৎলুমহনবা কৌবনা। পানবা - কৈ। লেংখু পুরেলহনবী - লেংখু লমগী মকোক ওইবী। মীকপথিয়ে - কপথি। নাকশেল - মনাক্তা শেমবা। য়াহৌরকয়ে - হৌগৎলকই।*

## মরাও ঈ

শেম্লোয় মদাইমা কাইনৌ মখলমদি মরাও ঈ ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। হয়িঙৈদা চীংখোঙ পোইরৈতোনগা মতৈলৈমা লৈনাউতাবী খুনুং য়োইচাখা খোংহনবনা পোকপী লৈমা লাইহম্নুগা। পোইরৈ শিদবা তাইবং নাদববু খুনথিরকপদা মতৈলৈমা লৈনাউতাবীবু ঈহাং ঈচেম্থা ঈমু পাকনাতা চরৈ ফিরোন ফাওনা শীংলেনলৈ শাৎলকয়ে। অদুনোংগীবু লমলেন মরাও ঈ ও তৌনা কৌয়ে।

মরাও থোনমরক্তি চীংখোঙ পোইরৈতোম্না তাইবং শিদবা ব্রাংঙম নাদববু খুনথিরকপদা। হেম্বা ফন্তকপা লোইবী কললেম্ববু হেম্বা মরৈতম লোইবী মখা লাওনা লাইজ ঈদা তানা শিঙমএ। অদুনোংগীবু শেম্লোয় মরাও ঈ হেম্বা নৌশি ঈ ও তৌনা কৌয়ে। *(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

*ঈহাং ঈচেম্থা ... লৈ শাৎলকয়ে - নুপী ওইবীগী থাগী লৈ লাকই। থোনমরক্তি - অমুকহম্না থোনবদি। কললেম্ববু - য়াম্না কনথৌববু। হেম্বা মরৈতম লোইবীমখা লাওনা - মরৈ তিংথোক্লগা মচীন লাওনা কাথোকপা চীংমী। ঈদা তানা শিঙমএ - ঈশিংদা তাদুনা শিরম্মী।*

## মরিং

হেম্বা মদাইমবু মরিং খুনবীরোক ও কৌবদি। নয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোম্না লোইবী শিদববু খুনথিরকপদা। মায়িম লোইবী মারেমনা চকমোম খাম্বী মৈবু লিংনা ঙাইঙময়ে। মৈরিং ও কৌববু পোইরৈতা ফাথিবনা মরিং খুনবীলোক ও তৌনা কৌয়ে। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

*চীংগী লমদম অমবু মরিং খুনবীরোক কৌখিবদি। নবুথৌ চীংখোঙ পোইরৈতোম্না চীংগী লমদা শিরোই নারোইদবা য়েংদুনা খুন্দাফম থিরকপদা চীংমী কাঙবু অমনা মৈহৌদুনা চীংখোঙ পোইরৈতোনবু ঙাইরম্মী। মৈরিং কৌববু মৈতৈ ব্রাহৈ শৈশেম্বশিংনা মরিং খুনবীরোক কৌনখি।*

## মরেক

চীংখোঙ পোইরৈতোম্না শেলবী মুতুম মুনা কবো ব্রাউদুম ব্রাউনা লৈঙমবনা উগনে হায়না খোইমা নারোম্নুংদা লেকলমএ। মরেক ও থোম্নায়ে। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

## মরৈলোক

লাংনময়াই মসাপীকা লাংসোই মসানৌকা ময়াই য়াইথেংঙৈ। য়িরোক লাইচম লাননা চীংসা নাপোমমাতা লাংসোই মসানৌকী খানলৈ লৌঙাকসঙপু। মসাপী লাংনময়াই য়াইরংচাম্না খানলৈ লৌঙাকসঙপু সঙলেন মসা পানকুম চীংলেন নাপোম লাননা পাইচিললকলে। লাংনময়াই মসাপীকী চেঙচাফম লাংনম অপাকপাপু। লাংসোইয়াইনা কৌরপাতি নুংলেন মসা পানকুম য়িরোক লাইচম

লান চীংসাং নাপোম সমনা পাইচিললকলাপাকী। য়াইরেল য়াইনা অপাকপানা থৌতু নুংপু য়োম লোইপী ময়িমনাক লাংসোই মসাইকোনতা লাইচা লোকলম ইন্না লয়না লানা পুখৎখিয়ে। অতুনোংকিপু লমলেন মতাইমা মরয়লোক ও তৌনা কৌয়ে। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*ময়াম্বা লাংনময়াই মনাও লাংসোই মচিল মনাও অনীনা মতিক ময়াই চাংয়েংনঙেদা, ময়াম্বনা মনাও লাংসোইগী লৌঙাকশঙবু মশা পানবগুম্না চীংগী নাপোম লাম্না পাইশিলহল্লক্রে। ময়াম্বা লাংনময়াইগী নুংপাক অচৌববু মনাও লাংসোইয়াইনা কৌবদা নুংপাক মশা পানবগুম লোক লান্দুনা চীং শমদুনা পাইশিল্লকপদা অথোইবা য়াইগী মনা অপাকপনা নুং অদু য়োমবদগী চীংথক্তা লৈবা লাংসোইগী য়ুম তানা ঈশিংগী লোকলম ইন্না লৈনা পুখৎখি। মরম অদুদগী লম অদুবু মরয়লোক কৌখি।*

## মরৌমাঙ (লমলাংদোং)

লমলেন মদাইমদি খুরোই হাউরা লমলাংতোঙ নাপুবা লৌথোংচাউ থোংজাউ লাইরুকলেমবা লাইমৈখু কুমনারম লাইব্রাংলা তননরম থোংজাউ লাইরোকলেমবা মরৌমাঙ ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কাওরেন কোনদে লাংনুবীগী কাওরেন সনয়াঙথক্তা কেগে মোইরাং নাপুবনা সমু মখুকলু অনিমবু খুরু খুতপনানা তোংনা কারকয়ে হায়বগীবু। খুরোয় হাউরা লুমলাংতোং নাপুবা লৌথোংচাউ থোংজাউ লাইরুকলেমবা মরৌমাঙ ও তৌনা কৌএ। *(মোইরাং কংলৈরোল)*

*খুরোই হাউরা লমলাংতোঙ - লমলাংদোং। লমলাংদোংবু বিষ্ণুপুর থোনখিবসি মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা লমলাংদোঙদা লৈরিপৈ মতমদনি।*

## মহা ঈমরু (মহা তুরেল)

(১) মহা য়িমরুব্রো কৌপাতি কতৌনোংকিনো। খয়োইরোন তাউথোং কাইপা চনু লিকলাপীনা। কোংয়াং ব্রাতারী তারিলেংপা মব্রাকখংপু সমু খুৎনা পায়না মব্রাকব্রোইনা। লাইরেল মৈতিংঙু কপোমপা নাউথেমব্রাকপু লাংপল খোইরা মচিল হুৎকুম চকমোম খামপী মৈথোঙ তরুকহুৎনা। খুৎপী থংকায়ৈ খুৎনাউ থংমা খৎনা মমান মচা চকপা মহালেংপা সমু পাংসোই নীকপা পাখং লুমিয়াচা খুকলু হংমাতোনপা সমু পাংসোই নীকপনা। চৌরৈ কাংখলনুংতা তারি খোলব্রোলব্রাকী। খয়োইরোন তাউথোংকাইপা চনুনা মপল সানতাকতা মতু সানফোংতানা সিঙলেন সেৎথানা লৈরাং খাইথমননারে। লোকচপ হুমব্রোইপী মরানব্রোন য়াইপী লৈমা কাংতাউপীনা তেললম মাঙব্রোইনা মালং মথিনাই খমকোন মরাঙহৌপানা চৌরৈ কাংখলপু হুমথোকলাপাকী। চকপা মহালেংপাপু চেংলৌ মিৎথিৎলাপাপু খয়োইরোল তাউথোংকাইপা চনুনা পাউমেললকএ। চকপা মহালেংপা পাখং লুমিয়াচা অসিপু খুকলু হংমাতোনতাপা পাখং সংকাই য়াইনম সোয়তাপাপু খাচীকয়ে। ইপল পনথৌ নিংথৌ চিঙখোঙ থোংক্রাইবনা নিংথৌ ফানতেক সোকনাইপাতা কাওচানাকে হায়পাপু সমু খোঙপু থীননা ব্রাকৎলুরে। ঐতি য়িপলপু য়িকাইএ য়িতু সেনকোইএ তাইপং নমু পোংপু ব্রোইঙমলারোইএ। তুব্রাংয়ি য়িব্রাংকোন লাইরেন লেমপা লৌতা নোংমললাকে হায়না য়িনতাললকখিপাপু। চকপা মহালাপা খুকলু হংমা তোনপানা কোংয়াংচৈসু পানলোইনানা মোমনু মনেম মচাপু হানা তাললকয়ে। অতুনোংকিপু মহা য়িমরুব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

(২) মহা ঈমরু কৌবদি কদৌনোংগীনো হায়রবদি। খয়োইরোন তাওথোংকাইবি চনু লিক্লা পিশিনখোম্বী নুরালাংমাতোম্বীগী মমান মচা চকপা মহালেংববু হুল্লালনোংদা। চকপা মহালেংবনা খয়োইরোন তাওথোংলেংবীবু ইন্দানবদা। চকপা মহালেংবা খুকলু হংমাতোম্বা পাখং শঙ্গাই য়াইনমশোইদা শমু পাংশোইনিকপনা। কোংয়াং ব্রাতারি তারি লেংবা মরাকথং হোতা পায়বা মরাওই চিনবান তারি খোংবনা মনেম মচাবু হানা হানা তাল্লকয়ে হায়বগী মহা ও কৌয়ে। *(লৈরোন)*

*মহা তুরেল - চান্দেল ডিষ্ট্রিক্টী শারৈ লৈকুনগী নোংচুপতা লৈবা চরাংচীংদগী হৌরক্লুনা লৈকুল ফাওবা চেল্লমলগা অরাংপাংনা শারৈ, হৈবুংলোক, কোমলাথাবী ফাওরগা পলেল মনীংগী শেংমাই তুরেলদা তিল্লে।*

## মহাবলী উমং

খোইমোম লাইফম অমদি মচী খানিংথৌ মোংবহলবা তল্লা উয়োককোন তুরেল থোঙমথেক লৈরোং সানা লাংকোলবা। খ্বা লেংশিন্নবা য়োংমু লাল্লুপ কানফম অদুসুঙ রাম ভক্ত নুংজানবা মহাবলী পাঙ্গনবগী মুর্তি মাহাকসাংবু সংসঙয়েক। খোইমোম লাইফম সেমনা খ্বা ঙমচীংলেনবু ওইহল্লে। য়োইনা থৌখল সোয়পীকুনো হায়না গুরু শ্বামীজি অথোইবগা সেবোক লাইরেল মপারিকা মাচেঙ হকমা ওইনা অসুম থৌরাংলবদা। উমং মমিংথোংসুঙ মহাবলী উমংলেন ও কৌয়ে। *(সনামহি লাইকন)*

*মহারাজ গরিবনিরাজগী মতমদা শান্তিদাসকী খুজিন থৌরাংদগী কৈথেন্দা য়ুংলম্বা নুংনা মহাবলী হনুমানগী মুর্তি শাদুনা মোংবহনবদা থমখি। মতম অদুদগী মোংবহনবা উমংলেনবু মহাবলী উমং হায়না খঙনখি।*

*তল্লা - উ, উয়োককোন - উ য়োকপা মফম। তুরেল ... লাংকোলবা - তুরেলনা মথেক নাইনা থেকচিন্দুনা কোইশিনবা। খ্বা - য়োং। লেংশিন্নবা - ময়ামতিন্না। লাল্লুপ কানফম - মথৌ পুনফম। ভক্ত - মনাই অচানবা। নুংজানবা - নুংশিবা, অচানবা। মহাবলী - হনুমান। পাঙ্গনবগী - মপাঙ্গল কনবগী। মুর্তি - শক্তম। মাহাকসাংবু - মশাবু। সংসঙয়েক - তশেংনা য়েক্লুনা। খ্বা ঙমচীং লেনবু - য়োংয়ামগী মকোকপু। য়োইনা - লুনা, নুংশিনা, থরায় য়াওনা। থৌখল - থৌগল। সোয়পীকুনো - শোয়হনবীগনু। গুরু শ্বামীজি-শান্তিদাস। সেবোক - মচা মনাই। লাইরেল - মৈতৈ নিংথৌ গরিবনিরাজ। মাচেঙ হকমা ওইনা - মশা অমত্তা ওইনা।*

## মহৌ চান্নলোক

চীংখোঙ পোইরৈতোন্না ময়াম্মা ঙাইবদি লফুৎলৈনা থানা হেপু ঙাইখম্বদি ফিবুল লৈনা থানা চান্নৌ ও হায়রময়ে। অদুগীবু মহৌচান্নলোক ও কৌয়ে। *(লৈহৌ নোংহৌ)*

*ময়াম্মা - ময়াম্বা। লফুৎ লৈনা থানা - নাপী ই-পুন্দুনা ফম্নবা শেম্বা, ফক। হেপু ঙাইখম্বদি - ইপা ইপল ফম্নাইবা ঙাইবদি। ফিবুল লৈনা থানা - ফিনা ফিদা থাবা।*

## ময়াং ইম্ফাল

(১) খুমন নিংথৌ থিঙোনহনবা পাঙলগা লান শোক্লগে হায়দুনা খোংমী লানমী মতিক চানা পুদুনা

খুগা তুরেল মরিলদা ময়াং লৈবাক কচছারলোমদা লান্দাবা চৎলম্মী। পাঙলশিংগা লাম্থেংনদ্রিঙৈদা ময়াং কালিসাগী নিংথৌ কালারাজগা থেংনদুনা লান শোক্লখি। লান্দা খুমন নিংথৌনা ঙমলদুনা ময়াং ময়াম ফাদুনা পুরক্লে খুমন কোনুংদা থম্লম্মী। ফারকপা ময়াং পূম্নমক য়ুমফম পিদুনা ময়ুম শাদুনা লৈহনখি। ময়াংশিংগী য়ুমফমনি হায়দুনা মফম অদু ময়াং য়ুম্ফাল কৌনখি। অদুগা হৌজিক্লা মফম অদু ময়াং ইম্ফাল কৌনরি। *(লম্মীৎলোন)*

(২) খুমন নিংথৌ থিঙ্গোল হনবনা। পাঙলগা লান শোক্লগে হায়দুনা খুগা তুরেল মতুংইন্না চৎখিবদা। পাঙলশিংগা থেংনদ্রিঙৈদা ময়াং কালিসা নিংথৌ কালারাজগা লান থেংনবদা ঙমদুনা। লানফা ওইনা পুরকপা ময়াংশিং অদু খুমন কোনুংদা য়ুমফম পীদুনা য়ুম শাদুনা তাহনখি। ময়াংশিংগী য়ুমফমনি হায়দুনা মফম অদু ময়াং য়ুম্ফম কৌরম্মী। হৌজিক্তি ময়াং য়ুম্ফমদগী থৈথরক্তুনা ময়াং ইম্ফাল হায়না খঙনরে। *(খুমন কংলৈরোল)*

*মণিপুরদা লৈরিবা ময়াং কালিসাশিং অসি কাঙলুপ অনী ওই। কাঙলুপ অমনা লান্দা থাগেম্বা নিংথৌনা ফারকপা অমা, অমনা খুমন নিংথৌ থিঙ্গোনহনবনা পাঙলগা লান তৌনগে হায়দুনা খুগা তুরেল মতুংইন্না কাছাড়রোমদা চৎখিবদা পাঙলশিংগা থেংনদরিঙৈদা ময়াং কালিসা নিংথৌ কালারাজগা লানথেংনখি। মদুদা ঙম্নক্তুনা থোমলকপা কাঙবুবু হৌজিক্কী ময়াং ইম্ফালগী লম অসিদা থমখি।*

ময়াং

লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা ইশানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাং ও। মোংবা শায়া কোৎচংনবা য়াওরৌ লাবা খুমনবু য়াংদৌ শারম লীসে হায়না ব্রাইরা শাদাল্লকপদা য়াওরৌ ফমহৌশাবু লমওক্লরে। মোংবা য়োইচিংলেন্দি য়াওরৌ তুংইন তান্নরকপবু কোরৌ নোংদামদবগী শমু মখুৎতোনবু য়ৌরে ময়াং ও থোম্নয়ে। *(তুতেংলোন)*

ময়াংখাং

(১) লমলেন হেম্বা ময়াংখাং ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লুব্রাংচনু খোইনৌ মতা ৬ মানা মশাবী হাওকু তাওহুইরেং চাহুই ওকব্রানবা তরুকমাবু মার য়িখোইগী য়িখোঙগুনবু লিরক্কবরা হায়না খাংনা খাংনা চৎলময়ে। অদুনোংগীবু ময়াংখাং ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

(২) লাইরেল শেলবী খাগেম্বনা থোংনাং হানাঙৈ ময়াং শোক্লঙৈদা। মৈতিংঙুদি তুবি অনৌবা মরাঙহৌ লাইরেল মথিনাইনা হুয়েল লান্দাখিববু। লমলেন খোইচুচুম থাংতেক খোইচুমালদা মায়ম থোংনাং কৈরুংবা মায়কাতাও অথৌবা লাংমৈ লাংচৌ মঙাথেৎপা পুহান ঙকলিনবগা। নয়ু মৈতিংঙু নোংপোক খাকী লাম্থাববু চোয়নৌ সনা মিয়েং সেলকুমপা থোংনাং তাঙখোঙ সামাঙ হেলবা ময়াংনিংথৌ ফিখা ওন্নবগা। থোংনাং ফানাচা লমচিংবা লেঙমাসা অথৌবা লাংমৈ লাংচাও তরামাথোইথেৎপা পুহান ঙকলিনবগা মখোয় অহুম্মনা। নয়ু মৈতিংঙু নোংপোক খাথি লাম্থাববু সোইরেল ফুম্বী নমঙাননা খাঙলময়ে।অদুনোংগী লমলেন মদাইমাসুঙ থোংনাং ময়াংখাং ও তৌনা কৌয়ে। *(ময়াংঙম্বা)*

(৩)“ শক ১৭৯৫ পোইনু থাদ মণিপুরগী পোলিতিকেন এজেন্ট সাহেপ মাগী সিফাই ১২ গা কাংঙবমচা মেঙ্গোরগা বামোন থুমজাও পুরেনগা ৩ না চিংদুনা ২৪ নি থাংজদা সাহেপ ৫ গা

অব্রাংলমদা লম য়েম্নবগী ইশিংমরু য়েংবা চৎলে। ... ২৮ নি ইমশকৈশদা ময়াংখাং য়ৌএ। ক্রুন সাহেপনা কাংঙবা মেঙ্গোরদা হৃংলকএ। মেঙ্গোর ময়াংখাং কৌবা অসিবু করিদগী কৌবনো হায়না হৃংলবদা মেঙ্গোরনা খুমখি। সাহেপ ময়াংখাং কৌবা ফৌ অদো মখোইনা থারমএ অদুদগী মখোইদি ময়াংখাং কৌএ। *(চৈথারোল কুম্বাবা)*

*ময়াং নিংথৌগী মমিং প্রতাপ নারায়ন কৌই। থোংনাং হানাডে ময়াং শোকনঙৈদা - ময়াংগা লান তৌনঙৈদা। মথিনাইনা - শাওনা, মরাংহৌনা। লাংমৈ লাংচৌ মঙাখেৎপা - উচেক লাংমৈগী মতু অচৌবা মঙা থেৎপা। পুহান ঙকলিনবগা - পুহান ঙক্তা শিবগা। মিয়েং সেলকুমপা-মিংশেলগুম্বা।*

## ময়াংখোং

মৈদিংঙু নাওথিংখোংনা মপা মৈতৈনিংথৌ উরা কোনথৌবগী উক্রোং হোঙনবা চীংথাং লাইরেম্বীদগী উয়ুং অমথক য়াল্লকখি। উ অসি অসুম চিংদুনা পুরকই। অসুম চিংলকপদা ময়াংনা হায়বদি মনমনা চিংদুনা পুরকই। পুরকপা মতমদা উ অসি য়াম্না লাও খোংই হায়দুনা মফম অদু ময়াংখোং হায়না খঙনহৌরে। *(উমংলাই খুন্দা)*

*ময়াংখোং - য়ুরেম্বম খুনগী নোংপোক্তা লৈ। খোং অসিনা লৌউ শীংউবদা মতেং য়াম্না ওইনরি। উমংলাই খুন্দা চেফোঙদা য়াওবা " হুইদোন লাইরেম্মা" অইবা শগোলশেম তোম্বা সিংহদগী লৌথোকচবনি। লম্মীৎলোনশিংদি - ময়াংখোং, উনিকখোং, খোংমৈ, লাংয়াফম, য়ুরেম্বম অসিনি।*

## ময়াং লাইকোইচীং

লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা ইশানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাং ও। মোংবা শায়া কোৎচংনবা য়াওরৌ লাবা খুমনবু য়াংদৌ শারম লীসে হায়না ব্রাইরা শাদাল্লকপদা য়াওরৌ ফমহৌশাবু লমওক্ল রে। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা য়াওরৌ তুংইন্না তাম্নরকপদা য়াওরৌ ফমহৌশাদি অব্রাং লাইনা পাংনা চেনখৎলকয়ে। চীংঙু শিদবা খোইমোম নাদবা চীংঙু নামুংববু কোইনা লৈরুরে লাইকোই ও কৌয়ে। মোংবা য়োইজিংলেন্দি য়াওরৌ তুংইন তাম্নরকপবু কোরৌ নোংদমদবগী শমু মখুৎতোনবু য়ৌরে ময়াং ও থোম্নেয়ে। *(তুতেংলোন)*

## ময়াং লাংজিং

খাগেম্বা হাক্তক্তা মৈতৈ লৈবাক্তা ময়াংনা লান্দারকপবু লমখাংদা লুমদুনা ময়াংমশীং থীঙমদনা তুমনা হাৎলে। অশিবনা চীংগুম্না পৈরে হায়বগী ময়াংলাংজিং কৌএ। *(মিয়াৎ লাইরৈ লাথুপ)*

## ময়াং লৈকোইচীং

শেল্লোয় চীংশামা লংমাই নাকপকমদি ঙাঙোই য়োইমোংবনা মোংবা শনন তানঙৈদা। কোরৌ নোংদামদা থবি নোংলেপ্পুবনিগীনা শমু মখুদোনবু য়াংএ ময়াং ও থোম্নেএ। মোংবা য়োইচিংলেনগা তোমুসু মৈশাংবগা কোয়না কোয়না তাম্নরমএ। অদুনোংগীবু লৈকোয় ও থোম্নে এ। *(নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোল)*

## ময়াংশোয়

মেন্থে নিংথৌ সরাপা থাঙলেন লুচঙসোয় ব্রাবা আয়মখোংদা। য়ামলা খোংফে চীরোন চল শীংজুৎ নাচুঙৱৈনা লুফুই নামথুমপানা ব্রাহমখিয়ে। খোইয়ম লাইয়িংথৌ অঙালবা হেল্লোইচঙবা নোংচুপ লৈমামি নোংপোকমিবু তাম্না খনবা ইপু কাপা পুরাংনিংথৌ মচিঙশাংবু ঙাক্লবা। খাকপা পুরাংনিংথৌপা নংসুঙ চিঙজু ননুং নাইরবরা। লেমলৈ করিগী চীকনেম নেমলবনো হায়না তক্লৌশিদংশোন ব্রাংলৈ খীকথনানা সনা য়াইকা হুল্লবদা। খোইমোম চিঙজুনা থোংনাং লালয়াম ফাববু লনকুবীরকয়ে। ব্রানচেং অপক্কা ব্রাইকুপ তাউপেঙবা লুরোয়কা ঙারা খুনপুনচোং খম্মাঙ অকাশোয় খমনিঙ অকুমশোয়বু য়াঙমদরে। লেপ্নে চীপুঙপে ব্রানচেংচিগা শারে। লেমলৈ পুঙমদা ব্রানচেং হোলঙমদরবগীবু হয়িং পেংলোইনাইনা খোইয়া লোঙজুম শা মাকে হাথানারে। লাইরেল মৈতিংজুদা মদাইরেম কেকে লাইচা ঈমাবা ব্রানচেং পেংবা পুবনা। নয়ু মৈতিংজু নোংপোক খাগী লালথাপাদা থোংনাং লালয়াম ফাঙেনে ময়াং চঙনা খোমঙেনে হায়না। লেপ্নে ঙাপুঙ শানা ব্রানজেং থাপলোয় হানববু লাইরেল মখোঙখাদা কৎচরে। মৈতিংজুনা তয়ুমশিং ও চীনকোয় নখোয়গী নায়াথং অসিবু হয়েং খোইয়ম চিঙজুব্রানা য়োনতানা লনকুসুনো। লেমলৈ অকুমশোয় ব্রানচেং অকাশোয় অসিবু ব্রাপা আয়ামখোংও কৌবদি কদৌনাকো। থোংনাং খুনমঙশোয় ময়াং লালচাইশোয় ময়াংশোয় ও তৌনা কৌয়ে। *(ময়াংঙম্বা)*

*থাঙলেন লুচঙসোয় - লুদা থাঙ চঙবা শোয়। য়ামলা খোংফে চীরোনচল - উ ফৈনা হাপ্পা। শীংজুৎ নাচুঙৱৈনা - শীংজুৎ য়ুংদুনা পলখাবা। লুফুই নামথুমপানা - লু থুম্বনা। ব্রাহমখিয়ে - ব্রা হায়খি। অঙালবা - নুমিৎ। হেল্লোই চঙবা - লৈপ্নেমা ওইবা। নোংচুপ লৈমামি নোংপোকমিবু - নুমিৎপু। তাম্না খনবা নংসুঙ - মফম খুদিং নঙালপিবা নঙবু। কোরৌ নাপি তোল্লবরা - নোংনা খনজিল্লবরা। খোইয়ম - লাই। চিঙজু - লাই। ননুং নাইরবরা - অচান মীরাই খাইরবরা। লেমলৈ - ঙা। চীকনেম নেমলবনো - চীকমাঙনরবনো। তক্লৌশিদংশোন - তকশি শোন্দুনা। ব্রাংলৈ - য়ু। খীকথনানা - খিকতুনা, হৈদুনা। সনা য়াইকা হুল্লবদা - কোনয়াই থারবদা। লনকুবীরকয়ে - থৌজালবীরকই। ব্রানচেং - ঙা। অপক্কা - মমায়থম্মা। ব্রাইকুপ তাউ - ব্রাইকুপ তাউবঙম। পেঙবা লুরোয়কা - পেঙবা কৌবা ঙানা মকোকচিংদুনা কারক্লে। ঙারা খুনপুনচোং - ঙারা কৌবা ঙানা পুম্না পুম্না চোংলে। খমমাঙ ... য়াঙমদরে - শোয়মাঙ শোয়নিঙগী অকা অকুমগী ঙা লৌখৎপা ঙমদরে। লেপ্নে ... চিগা শারে - ঙানা চীংঙম পৈরে। হয়িং পেংলোইনাইনা - হয়িংনা। খোইয়া লোঙজুমশা - হয়িংগী অরোংবা মখোংনা তোংলগা। মাকে হাথানারে - পথ পুমথবদু চারে। মৈতেংজু - মৈতৈ নিংথৌবু মৈতেংজু হায়রগসু খঙনৈ। তাইবংপালবা লেঙলি ওৎলিবা খৈবিকপু ঙান্দনা লৈরিঙৈদা অতিয়াগী ফোল্লাংদগী মৈবুনঙম্না ঙাল্লকয়ে অদুগী মৈতেংজু কৌয়ে।*

## মায়েম্পী

কৌবা মদাইমবু কৌবা মায়েম্পী ও কৌবদি। লুব্রাং শিমরিং নোংকাবীবু মথংলেন শিঙচা লুমলেনহনবনা পোলবী হয়কাও নীকপা সাব্রা সীকাইহৌবা ব্রানচেং তেল্লোঙ ফাময়োৎনবনা খনমন চেংমনবগী। কৌবা লোকনুংচঙনা উচেক লাংমৈ ওইখিঙ্তে। তাংজ মশমশিবু পামেল উ কারক্তা য়েপলময়ে। অদুনোংগীবু অব্রাং কৌবা মায়েম্পী ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*কৌবা মদাইমবু - কৌক্রুগী লমদমবু। মথংলেন-মপুরোইবা। পোনবী - উচেক। সাল্লা সীকাইহৌবা - মতুচোম্বা। ব্রানচেং - ঙা। কৌবা লোকনুংচঙনা - চীংগী লোক নুংদা চঙদুনা। তাংজ মশমশিবু - মকোক্কী শমবু।*

## মংলোন ঈতুখোং

ক্বাইয়িগা মংলোন য়িগা খোংলেন অনিমকপু তুশিন্নরে মংলোন য়িতুখোং ও কৌএ।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*থাই তুরেললগা মংলোন তুরেললগা অনীমক পুনশিন্নরে হায়বগী মংলোন ঈতুখোং কৌথি।*

## মংশা

শেনবী মখন অমদি মংশা চীংদোমপোক কৌবদি কদৌনোংগীনো। চীংখোঙ পোইরৈতোম্না মশানৌবু খোমলোন মংলানচান্দা মঙনারমএ। অদুনোংগীবু মংশা(মংয়া) ও কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

লাইরিক অমদা - কবো মখনমদি চীংখোঙ পোইরৈতোম্না চীংবুরোই কেম্না লাংওল্লকপদা। শেনবী শিদবগা কবো নাদবগা খুনথিরকপদা। কোরৌ চিন্দুম চিন ব্রাংবন মংদুম মংলৌএ মংসাও কৌএ।

*খোমলেন মংলানচান্দা মঙনারমএ - তুম্বদা মঙ মঙলম্মী। কোরৌ চিন্দুমচিন ব্রাংবন মংদুম মংলৌ এ - অতিয়াদা নোং মংলম্মী।*

## মাইচোল তুরাল

লহাম্নোং হয়িঙৈদা কৌবা অঙাংঙানা কোংলৌ লমখাংবা সাবল লমথোকপদা। ওইনম নুরাবীনা কম্বী ফুকাপৈ লোল্লাং পাংবনা লেমলৈ ঙাগা পৈনা পনম হেকমাই কাঙৈদা তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখংববুদি লৈনুংলোনচা অরিবা কৌয়ে। হে কৌবা অঙাংঙাও করিগীদমকপু খাবা উলেল হৌ য়াংবা নুংয়ুং চেপলোইনববু উদবরা। করিগী পনম হেকমাই কানিংবনো হায়না তুবি মৈনা কোল্লময়ে। পনম হেকমাই কারবগী চরৈ ময়িনফিবু চোল্লে মাইচোল ও কৌয়ে। কৌবা অঙাংঙাগা লৈনুংলোনচা অরিবগা তুনরে হায়বগী তুরাল ও কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## মাইমু

লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা থাংলেন য়াইওইববু তাংজ লুদাথেৎনা। মশানৌ কোন্দে য়োইহৈতোম্না তেনবী য়াইওইববু তেন্দোং নমদাপোনা। হাওরৈ খানা পাংবরমদা মোংবা খুল্লম ইম্না হয়েন লাদারকয়ে। হাওয়ুম য়ুমনাক চাম্ম তাবদা ব্রাইথুংলবদা। লাইরেন মচিন মনাওদি মোংবা চৎলম ফানশাংইম্না হয়েন লালথেন্নববু। লোইবী চীংককয়েন মীঙম্বনা নমুপোংদা তাবনোংগীনিনা মালেম লৈবুখোল কোরৌনোংবু খোল্লক্লে। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংববু লোইবী চীং ককয়েল ককয়েল মীঙম্বা নমু পোংজেনবনা থুমনাওগুম চংনাব্রাই য়েম্নাওগুম হিংফোইনরে। মশানৌ তাওথিংমাং তাংজ লম ফম্বা খোইমা লাংলেপ্পনা লাইরেল ইশাবী নংবু পোনবী চিলগোই চনগুমলে। অসাইঙৈগী থাংলেন য়াইওইবা তাংজ লুরেন থেৎঙামখিবাতুবু থৌকাউফরোই হায়না পাওমেনখৎখিয়ে। লাইরেল মশাবীনা

পাওখুমলকয়ে। শানৌ ও নশাবী ঐদি পোনবী মথিকনুংদা শানথুপলিয়ে। শানৌ কোন্দে য়োইহেতোন ও তেনবী য়াইওইবা নখুৎপায়না চেক্লা শাগল তম্না তেনব্রাইরক ও হায়থব্রাগী। য়োইহেতোন তাওথিংমাংনা লৈমরেল শিদবীগী ব্রাইরা মতেনচা পাফন অরিবা মরনকু তেনবী য়াইওইববু লীরী থমোইতিং লকা তেনমৈ লাক্লা তেনব্রাইখৎলবদা। পোনবী শাগল তেক্লা তেনবাল্লে। ককয়েল মমাইমুনা তারকয়ে। অদুনোংগীবু মাইমু ও তৌনা কৌয়ে। *(তুতেংলোন)*

## মাওবীরোক

নয়ু মৈতেংঙু লাইরেল সেনবী খাগেম্বনা মরাল থৌচৎলকয়ে হায়ববু নাতারাবগী। লোইবী চীংশাংথলবনা মাওবী পোমসংয়ান উপল পোপতেকলৈ লমলেক পামসঙসা সাতাল লমকাইফমবু তাওখংঙময়ে। অদুনোংগীবু লমলেন মাওবীরোক ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*সেনবী খাগেম্বা - খৃ ; ১৫৯৭ - ১৬৫২ ফাওবা পানখিবা মৈতৈনিংথৌ। মরাল থৌচৎলকয়ে - থবক চৎথোক্লকই। নাতারবগী - তারবগী। লোইবী চীংশাংথলবনা - চীংমী ময়ামনা। মাওবী - ব্রা মখন অমা। পোমসংয়ান - পোঙসঙ কৌবা ব্রা মখন অমা য়ান্দুনা। উপল - উপল পাম্বী। পোপতেকলৈ - কোনহনবা, খম্বুবা। লমলেক পামসঙসা - লম্লক লমহাংদা য়ারেক্লবা শাবা শঙ। সাতাল - শামী লান্নী। লমকাইফমবু - লৈফম শঙবু। তাওখংঙামযে - কৎলম্মী, পিরম্মই, শেম্বী শাবীরম্মী।*

## মাক

লয়রায় মুংপিমাতি। ময়ামমা নোংয়াই খুমন্না য়াওরৌ সানাপাতা লীরুং মখুৎসুপু মাক ও কৌএ। মাক মখুৎসুপু লাইচা য়িতা তারে লমলেন মাক ও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## মাকতিং

লমলেন মদাইমা মাকতিং লমওম্লোক কৌবদি। লংমাই কোকপা শাকারাম্বা চীংশাং লাংলেপ্পা য়াওরৌ পনচনবনা। লাবা খুমনপুনা য়াওরৌ শানাববু নোংয়ায় ব্রাহেং খমকোইবনা শারেন শিখৈ চোকলবা য়াওরৌ ফৈসৌনরববু শারেন শামাঙথৎনা থিংলৌ থরোন পুখিয়ে। লংমাই কোকপা মশানৌ ককলেন সিখম কোইবনা মশাবিগী য়াওরৌ ফমহৌশা অদোন শামাঙথৎপবু চেংলৌ মিথিৎলে। কোরৌ নুমিৎমদি মশাবি লংমাই কোকপা শাকারাম্বনা লাবা অনৌবা ফমহৌথববু য়াওরৌ থকচেন্না শারেন লাইখংনরে। য়াওরৌ খুচন্নবা শারেন ফৈশৌনরববু অদোন ব্রাহেং খমকোইবনা য়াওরৌ থনুংথিৎনা শারেন তেনবাল্লববু। থিংলৌ থারোনপু শারেন শাপোৎশেমনা মরান ওন্দেখিরবদা। লংমাই ককলেন শীখমকোইবনা নোংয়ায় ব্রাহেং খমকোইববু ব্রায়রা মতেনচা ব্রাইকৌ চিনীলোঙবনা অদোন উনবী চফমথিৎনা চৈপীরে। কুরাং মউনগী পায়মা উনবী খোয়খাউরীবু মালেম লৈদা তানা হুয়েন লানচেনখিরে। ময়িম শেল্লোইনা তেংথানা লীরুং মখুৎশুবু মাক কৌয়ে। মাকপী থমোয়তিংনা ব্রায়রা তেনব্রাইথরম্মে অদুনোংগীবু মাকতিং ও কৌয়ে। *(নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা)*

*য়াওরৌ পনচলবনা - শা ফাবনা। লাবা খুমন - ওক লাবা। শানাববু - শা তানববু। শারেন শিখৈ চোকলবা - ব্রারদুনা শিগদৌরবা শা। য়াওরৌ ফৈসৌরববু - শা মফৈ তেক্লববু। থিংলৌ থরোন -*

*অফাবাগা। চেংলৌ মিৎথিংলে - উরে। লাবা অনৌবা ফমহৌথববু - অমুক হন্না শা তানববু। য়াওরৌ থকচেন্না শারেন লাইখংনরে - শা মখৈ লাইখংনদুনা ইথক থক্লা চেনখরে। য়াওরৌ থনুংখিংনা - শাগী মবুক ফাওনা। মরান ওন্দেখিবদা - ময়ুমদা হনখিবদা । ব্রাইকৌ চিনী লোঙবনা - মচিন অনীলোঙবা তেক্লেনা।*

## মাকন

লোইবী মদাইমবু মাকন ও কৌবদি। নয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংবুরোই লাংওল্লকপদা হৈকোই নোংথমচন চুপা ঙৈচায়েকলে। লোইবী মায়িমনাক হেমপা মাসাইকোনদা তাংলম্ববু। মায়িম লোইবী মারেমনা য়াইখু য়াইরেন মপানফুক্লা কনবী ঙাময়ে। অদুনোংগীবু মাকন কৌএ। *(পোইরৈতোন খুন্থোক)*

*চীংগী লমদম অমবু মাকন কৌবদি। নবুথৌ চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীং অমদগী চীং অমদা লাকপদা নিংথম চন্দুনা কোকচিক্লা নারে। চীংমীগী য়ুমদা য়ারেক্কুনা লৈরে। চীংমীশিংনা য়াইখু য়াইরেন মপান ফুক্কুনা হিদাক শেন্নগা অনাবদু ফহল্লম্মী। মরম অদুদগী মাকন কৌখি।*

## মাকলং

(১) সেনবী নমমাকলং মাকলং তাওজিং হৈতাও ঈ ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। ময়ুম সেনবী কবোনা হৈবু মাক ও কৌয়ে। মাক হৈপুম্মবু লাইজ ঈপাকথক্তা ফেন্থখিববু লাইজ ঈরোইননা লংনা লংনা তাওথখিয়ে। অদুনোংগীবু মাকলং তাওজিং হৈতাও ঈ ও তৌনা থোন্নায়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

(২) মাকলংব্রো কৌপাতি কতৌনোংকিনো। সেনপিনা তেংথানা কপোনা মীকৌনাপাতি তাউচিং হয়পুতি মাকব্রো কৌএ। লাইচা য়িসিংপু নমব্রো কৌএ। লাইচা য়িপাকথকতা মাক হয়পুমমাপু লাইচা য়িরোইনানা তরং তরেং তাউথরকএ। তত্নুনোংকিপু মাকলংব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

(৩) লাইরেম্ম তরেৎমনা মপা ইবুংঙো তাওরোইনাইবু থিরকপদা। মপা ইবুংঙো তাওরোইনাইদি মশক মমাই মকনা লৈরম্মী। মশক মক্রে হায়বগীবু মাকলং কৌয়ে। *(লম্মীৎলোন)*

## মাকৌ

থাঙব্রায় মদাইমদি মাকৌ ও কৌবদি। খোইয়ম লাইয়িংথৌ কৌপা অঙাঙঙানা য়োয়মায়ায় লাইরেল তাউতলববু য়ুকৌগে হায়না কৌনা কৌনা ইন্দাল্লকয়ে। অদুনোংগীবু মাকৌ লম্মহন চেঙপা লাইকারম ও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

## মাখাল

খোংজোমনুপী খোয়নৌ মতা মাঙমক্লা য়ীতা লৈমা য়াংতৌ আতাউপীপু লাক্তুরে হায়না মোমনু খুপাক লাইখল শানা কোঙকোয় মিংশা ওন্না য়েংলময়ে। অতুনোংকিপু মাখাল ও কৌয়ে।

*(খোংজোমনুপী নোংকারোন)*

## মাঙকম্বীরোক

থাঙব্রায় মদাইমদি মাঙকমপী কৌবদি। অসাইঙেগী সেললোই থিঙলৌ য়াইথাবা মারোং চৈচেলবা তারামাবু তিম্নরে। মায়িম শেল্লোয় লংমাইদি মাঙলে হায়না শোল্লময়ে। অদুনোংগীবু মাঙকমপীলোক ও কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

*থিঙলৌ য়াইথাবা - মায়থীবা, তুংলোমদা চেনবা। মারোং চৈচেলবা - চুঙ পায়দুনা চেনবা।*

## মাঙখঙ

হাওরৈ নোংপোকলা পাংপারম লোইজরি চীংচাউশম চীতসোইতোং নাতৈনা কালউ ঙমলোননা মাঙখঙ ও কৌবদি কতৌনোংকীনো। সেলপী পোংনিংথৌ খিকখোমপাকা মৈতেংঙু সেলপী ক্যাম্বগা সেলপী লোই য়েলনাঙেতা। তাউচিঙ হৈনৌ খোঙনেমপাকী মখৈ হৌনা লোইজরি চিঙচাউ য়িলনা নোংচুপ য়িব্রাংমাকী মখৈ পোইরৈ নারমখৈপু ওইনাও হায়না খাইরময়ে। মায়িম সেলপী তেংথাননা মারোই ঙমখৈপু মাঙখঙ ও কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*পোংনিংথৌগী মমিং থিকখোম্বা নত্রগা খেকখোম্বা হায়না পুয়াশিংদা ইবা থেংনৈ। নোংপোক মায়কৈ পাংবলম লোইজরি চীংজাও শম্লগা চীৎশোইতোং অমসুং কালউগা নক্নবা লমবু মাঙখঙ ও কৌবদি করিদগীনো। পোংনিংথৌ থিকখোম্বগা মৈতৈ নিংথৌ ক্যাম্বগা লম য়েম্নঙেদা হৈনৌ খোঙনেম্বী হৌরিবা মফমদগী হৌনা লোইজরি চীংজাও মরম ইম্না নোংচুপ থংবা লম মখৈবু মৈতৈগী লম ওইয়ু হায়না খাইরম্মী। কবোগী মীনা ঙমখৈবু মাঙখঙ কৌই। অদুদগী মফম অদু মাঙখঙ কৌখি। চৈথারোল কুম্বাবদা - ‘‘ শকাব্দ ১৩৯২ দা মৈদিংঙু ক্যাম্বনা কবো ক্যাং ঙমগে হায়দুনা খারি চীংখোংদা শঙং অমা ঈরাংলে। কবো ক্যাং ঙমএ। মৈদিংঙু ক্যাম্বনা পোংনিংথৌ চৌফাখেকখোম্বগা লানলোইনৈ এ ... পোংগী লমদি হৈনৌখোংনেম্বা পোকপগী মখৈনে মৈতৈগী লমদি মুংখোং মুংঙাইগী মখৈ। নোংপোক লমদি লোইজরিগী মখৈ মখা লমদি মিয়াতোং কৌবা চীং হৈনৌ খোংনেম্বা পোকপা মখৈ খারি লৈপাক পুম্না খাইরমএ। শোমশোক য়িমমাঙদি পোংগী লমনে। ইমিংদি মৈতৈগী লমনে।’’*

## মাঙলৌতাক

(১) কেগে ফেন্দ্রা য়িতাখোংবু নাতৈনানা কেগে লয়কোয়পুঙ খোইয়ম মাঙলৌতাক কৌবদি কদৌনোংগীনো। অব্রাং কোরৌ নোংমদোনদগী চীংঙু নোংথৌ সরারেল অব্রাং পাখং য়োইরেনবনা মপারী নিংথৌ খোইরীফাববু সকউনগে লাকয়ে। পনথৌচেংলৌ সকখঙহন্দনা কোয়না কোয়না লোংলে। খোইয়ম লাইসক ওননা মাঙলে মাঙলৌতাক ও কৌএ। *(মোইরাং কংলৈরোল)*

(২) চীংঙু নোংথৌ সরারেন অব্রাংপাখং য়োয়রেনপানা মপারী লৈরাং খংয়োইলেনপা নোংচুপ তোনপল নিংথৌপু চীংঙু মতিকয়েংকে হায়পকী চেংলৌ সকউহনতানা মাঙখিরে হায়পাকীপু কেকে মাঙলৌতাকব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## মাচিঙ

হাওরৈ নোংপোকলা পাংপারম লমলেন মাচিঙ ও কৌপাতি কতৌনোংকিনো। খামরল খুলকঙ

মণ্ডামাকী য়ায়তারাংনা খুলতাফাপাপুতি মাচেং ও কৌয়ে। পোইরৈতা ফাথিপানা মাচিঙ ও হায়তাপারা।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*নোংপোক্তা লৈবা লম অমবু মাচিঙ কৌখিবদি করিদগীনো। কবো খুঙ্গং মণ্ডামক্কী ময়ায়দা খুন্দাববু মাচেং কৌই। মৈতৈ ব্রাহৈ শেম্বনা মাচিঙ কৌনখি।*

## মানম

মানম ও কৌপাতি কতৌনোংকীনো। খুলপু মান-ও য়াইপু ম-ও কৌয়ে। তমফা য়াইপূ থোকয়ে হায়পাকী মানম ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*ইরাবতি তুরেল লাম্লগা কোণ্ডতুং কৈথেনগা নক্লবা কবোগী লম মানম কৌবা মফমদা গরিবনিৱাজ মহারাজনা লান্দাদুনা ঙমখি।*

## মানলক

অৱা তোঙতোই নিংথৌকী মারোইলোইপুম খুতিঙতা খামরল লোইহা পুরুমপোৎপু য়াচায়ে। অৱা তেংথাননা য়াচাপাপু ফারাক ও কৌপাপু পোইরৈতা ফাথিপানা মানলক ও কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মাকলং নিংথি নমখম তুরেলগা থংননা লৈবা লমবু মানলক কৌখিবদি। অৱা তোঙদোই নিংথৌনা কবো খুঙ্গং খুদিংনা লোইহাবগী পোৎপু খুরুমদুনা পিরববু য়াজে। অৱানা শক্লা ঙাংনবদি য়াজববু ফারাক কৌই। মৈতৈগী ব্রাহৈ ব্রাতা হৈবশিংনা মানলক কৌখি।*

## মানলৈ হানচিনকোন

হাওসেং পনতোনয়াপু নাতৈনানা। কেকে সোংলেন অথৌপাকা অতোন য়াইথিং অয়মপাকা চায়না খোংফেননাঙৈতা। কেকে সোংলেন অথৌপানা নোংয়াই তাংসকতা অতোন মীথাতারাপাকী অতোন ব্রাকয়ৈ মখুনেৎতা। সমু খোঙনা হাননা চোংসিনখিরাপাকী সমু মখুৎতোনপু লয়না তারুইএ। অতুনোংকিপু খুরোইপা য়িতমপাল মানলৈ হানচিনকোনৱো তৌনা কৌএ।

*(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*হাওসেং পন্দোনয়াগা থংনবা মফমদা মোইরাং শোংলেন অথৌবগা খুমন য়াইথিং পাঙদবগা লান শোক্লৈদা, মোইরাং শোংলেন অথৌবনা খুমনবু উশিং থৌওইদরবগী খুমনগী হিদা হাম্না চোংশিন্দুনা খুদোম্না লৈনা তারুই। মরম অদুদগী খুরোইবা ইতমপাল মানলৈ হনচিনকোন কৌখি।*

## মারাম

লোইবী মখনমদি চীংখোঙ পোইরৈতোম্না খোইমোম লাইপুঙথোন অৱাংবা খুৎপী লাইথোইচীংবু চীংঙমকা য়ৌপোক তালবদা। শাবি মতৈ লৈমা লৈনাউতাবীনা মশানৌ চীংখোঙ পোইরৈতোনগী চৌরৈ ময়িলফিবু লামনা লামনা কাখিয়ে। মারাম ও তৌনা কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্থোক)*

*চীংগী মফম অমদি চীংখোঙ পোইরৈতোম্না লাইবুং অৱাংবা খুৎপী লাইথোইচীংগী চীংঙম কাদুনা*

লম্বীংলোন

*খুন্দাফম য়েংবদা, মতৈমা লৈনাউতাবীনা মনাও চীংখোঙ পোইরৈতোনগী ইমফিবু লামনা লামনা কাখি হায়বগী মারাম কৌখি।*

## মারাং কোইফোই চীং

থাঙব্রায় মাদাইমদি অসাইঙেগী থাঙব্রায় মারনিংথৌনা শামদোন অয়াঙববু হাওমুক্লা লেংফাইচল মোংবা তাসিল খুরৌয়েৎনা ফারে। লাংগোই মাকোইফোয়রে শাব্রা মতু কেল্লে লাংচেং কোংমা সৎলে। অদুনোংগীবু মারাং কোইফোইচীং সাব্রা তুকেলচীং লৈসৎ চীংলাংমৈ ও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

## মারেমপাখোং

মারেমপাখোং কৌবদি। শম্ভোঙ পুনেম্বা চনুনা পামিংপু মারেম কৌয়ে। অদুগী মারেমপাখোং কৌয়ে।

*(লম্মীংলোন খুংই)*

## মারেম চাপংয়ি

ময়িম লোইবী খারম ওইপা মোমনু নুসকতাপা তাঙচা তুংতা লয়পা পাইপোন নাকলম সেনপা। সাউন লুহপনানা পামেল ব্রাংনুনম তলা ব্রাংনেমথক শতু মানতেব্রাং । পামেল উতোলথকতা উসা থাপানা। তুপি থিংকোক লাই অরেমপাপু মিৎয়েং সানখৈরে। হেমপা মপাতাউতা সমু খুৎপু থিননা তাকনাখিএ। লোইপী হেমপা মপাতাউ অনিমাতি সমু মখুৎলোমলে। চেংলৌমিৎনা য়েংপাকী চেংলৌ মমিৎ থুপলে। খোইয়ম লাইমিৎয়ি হেমপা ব্রাতোং চীং ও কৌএ। অসিসুং মাতোমতে। লাইচা য়িব্রাংমাতি চকপা খোংচারোন মনিন নাইপা ওংএ। অতুনোংকিপু হেমচেং চকপায়ি মারেম চাপংয়ি ও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*মারেম চাপংঙ্গী কৌদরিঙৈদা খোইমোম লাইচৎ ঙী হেমবা ব্রাংদোংচীং কৌরম্মী। তুবি লাইরেল অরেম্বনা নোংপোক পাংনা চৎলকই হায়বগী লাইচৎ ঙীসু কৌই। খারম হাও নুপী মানবা মশম তুংদা পুনবা পাই নাকন্দা য়ানবা মকোক্তা শা মউন উম্প্রনা ব্রাং কৌবা উগী মশা মরেং য়ানথবদা মতিক মগুন চাউবা থিংকোক লাইবু উবদগী মতাও লোয়নবদা মখুৎ থিন্দুনা তাকখি। মওং মতৌ খঙদনা মখোয় অনীমক্কী মখুৎসু লেঙবা য়াদরে মিৎনা য়েংবগীসু মিৎ থুপ্তুনা পাঙথোকপা য়াদরে। মরম অদুদগী খোইয়ুম লাইমিৎ ঙী হেমবা ব্রাংদোংচীং কৌই। অসিনসু লোইবা নত্তে। ঙীশিং ব্রাংমদা চকপা খোংচারোন কৌবা কাংবুনা খুন্দাই হায়বগী হেমচেং চকপা ঙী মারেম চাপংঙ্গী থোনখি।*

## মায়চম লোক

(১) লমলেন মদাইমদি মায়চমলোক ও কৌবদি । লাহাম্নোংদা পামা মচন থিঙঙাতাউবীনা মথিঙ লাইরেল পাখংববু লুকলেন মায়চমসানা য়ুকৌয়ে হায়বগীবু মথিঙ লাইরেল পাখংবা থিংবা লাফালোক লুকলেন মায়চমলোক ও তৌনা কৌয়ে। *(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

(২) লমলেন মদাইমদি পামা মচল থিংনাও তাবীনা মথিং লাইরেনববু য়ুকৌয়ে। হে ইমোম ও নংনা তরা চাক্কৌববু তরা চাকসু হাওয়ে ব্রাংলৈ য়ুসু হাওয়ে। অদুনোংগীবু মায়চম লোক ও কৌয়ে।

*(মোইরাং লম্মীংলোন)*

## মী তরুক পুঙ

মী তরুক পুঙ কৌবদি কৌবরেল অঙাংঙানা মোইরাংতানা খুলকুমরকঙৈদা। হাওরেংগী লমদা খারম য়ুমনাক তরামঙা তারময়ে। খারম নুপী হাওনু পালতৈনুনা ঈশিং শোক্কে লাকপদা কৌবরেল অঙাংঙাগা ওক্করে। লাল ওইনা ফারে মবুক য়ানফৎলবদা মবুক মনুংদা মচা মঙা লৈরময়ে। মমাগী মকোক্তা মচা মঙামক্কী মকোক্তা কোইনা হাপতুনা পুঙ থোল্লময়ে। অদুগী মী তরুক পুঙ কৌয়ে।

*(লম্মীংলোন খুৎই)*

## মুচীং

লয়রায় মুংপীমাতি। ময়িম কাচেং তাংখু তাংহননাউনা মপল খুমু কৈ ওইপাপু তাননারকঙৈদা। কাকলেনপু মু ও কৌএ। মুনা তোংলমএ মুচীং ও কৌএ।

*লৈরায় অতোঙবা অমদি, কাচেং তাংখু তাংহন্নাউ অনীনা মপা খুমু কৌবা মরক মরক্তা কৈ ওন্দুনা মচিঞ্জাক থিবা ঙম্ববু তাম্নরকপদা, কাকলেনবু মু কৌই। মু না তোংলম্মী হায়বদগী মফম অদুবু মুচীং থোনখি।*

## মুতোংবা মচীংশাং

শেল্লোয় মদাইমা লংমাই চীংশামদি ফনাম্বা মকাইফম মুতোংবা মচীংশাং ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। ময়ুম শেল্লোয় লংমাইনা ককলেনবুদি মু ও কৌয়ে। ককলেন মুনা তোংলময়ে। অদুনোংগীবু মুতোংবা মচীংশাং ও তৌনা কৌয়ে। *(নোংমাইজিং চিঙোইরোল)*

## মুনোই

কবো মদাইমদি নয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোম্না শেলবী তমপু কোলনা লাংওল্লকপদা সেলবী মুদুম মুনা নোয়ঙামএ মুনোই ও কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্ফোক)*

*কবোগী লমদা চীংখোঙ পোইরৈতোম্না কবো শিদ নাদবা লম থিরকপদা জগোই শাবা অমনা মুদুম মুনা নোয়রমই হায়বগী মুনোই কৌখি।*

## মুমায়তা

কাকলেন মীওম্বনা ঙাংঙোই য়োইমোংববু থুমনাউকুম চঙনা ব্রাই য়েন্নাউ তমনা পূমনা চেনখিরে। মসানৌ য়োইহৈতোন তাউখিংমাং তাঙচা লমফমপা খোয়মা লাংলেপ্পা মোংপা য়িনকোয় লাংলৈ হৈপানা লৈমরকনা লৈফুল লৌরে। মসানৌনা পানা পানা য়িননাখিয়ে পারেন ও থোননাএ। পোনপী মমায় মুনা তারে মুমায়তা ও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## মুরাপাৎ

(১) অঙৌবা লংমাইনিংথৌ কাইনও চিঙশোমপানা তমপা মশানৌপু মূনা মূনা য়েংঙাময়ে মুরাপাৎ ও তৌনা কৌয়ে। *(পাম্হোইপী খোংকুন)*

(২) অঙৌবা লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বনা তাংখুল হুইতোক পাখংববু লৈনা শানা। সনা লুফেথেৎ ব্রাকতং নাসিনা লিরুং খুত্তাশু য়াইরি খাঙথোম্না কুরাও ফাল্লংবু থাঙলেন নমদাথেৎ তেন্দোং নমদা হুম্না পামেল উয়ুঙখাদা অফা নংবু খাবা মারালয়াই য়াংবা মশাইকোন্দগী নরান থৌচৎলকপরা হায়না মূনা মূনা য়েংঙাময়ে হায়বগী মুরাপাৎ কৌয়ে। *(পাম্ভোইবী নাহেরোন)*

## মুব্রাউ

চীংখোঙ পোইরৈতোম্না শেনবী শিদবা কবো নাদববু খুনথিরকপদা কবো ব্রাউদুম ব্রাউনা লৈরমএ মুব্রাউ ও থোম্নেএ। *(পোইরৈতোন খুম্থোক)*

## মুংতুং

মুংতুং ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লোইবী মীকৌনা হেম্বা সৈসক্লা চীংলেন পললংলা তুমথোইববু মেল ও কৌএ। হেম্বা য়াংলৌ মরমলেন লোইবী লমতাংসাং অঙম্ববু তুং ও কৌএ। অদুনোংগীবু মোলতুং ও কৌববু পোইরৈতা ফাথিবনা মুংতুং ও কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## মুংবী শাহুল্লম

শোলোয় থেনখাংমদি লংমাই মুংবী শাহুল্লম-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। ইমাইবগা অব্রাং কোরৌ নোংলম্বুগা তাংখুল ব্রাইচৈ খুনঙমশঙ হুয়েন লেংনাতিনবা ফানাশঙগী । চৈরৈ ফিঙৌ হোং শংদিং লোনঙৌচিলনা মানবী পিতাইখোম্বনা কোংয়াংচৈশু পাল্লোয়ননা কোরৌ নোংলাৎঙৈদা। খোইয়ম য়োইকোলনুংগী থিংলৌ নীংনাতে লংমাই খুনেৎ কুমলকপদা। শারেন শারমথাক অমুনববু মালেম লৈবু তাক কোরৌ নোংবু তাকনা হুম্না হুম্না লাৎলমএ। অদুনোংগীবু লংমাই মুংবী শাহুল্লম-ও তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চিঙ্গোইরোল)*

*ইমাইবগা- ঐখোয়গী মাইবগা। অব্রাং কোরৌ নোংলম্বুগা -নোংগী ঈরাৎথৌনি তৌবা নোংলম্বু। তাংখুন ব্রাইচৈ খুনঙমশঙ-তাংখুনশিংনা লাল ঙল্লকপগী থৌরম তৌফম শঙ। হুয়েন লেংনাতিনবা ফানাশঙগী- লালয়াম ফারকপদা থম্নবা শঙগী। চৈরৈ ফিঙৌহোং-ফি অঙৌবা শেৎপা। শংদিং লোনঙৌচিননা-ফি অঙৌবনা কোকয়েৎ ওইদুনা। মানবী পিতাইখোম্বনা- শলগী তুংদা হোইবা, শলখোম্বনা। কোংয়াং চৈশু পাল্লোয়ননা - চৈশু পায়দুনা। কোরৌনোংলাৎঙৈদা- নোং তানবা ঈরাৎথৌনি তৌবদা। খোইয়ম য়োইকোলনুংগী- লাইকোন মনুংগী। থিংলৌ নীংনা তে- হুল্লকপদা। লংমাই খুনেৎ কুমলকপদা- নোংমাইজীংদগী কুমলকপদা। শারেন শারমথাক অমুনববু-থোংলগা খাকপা অমুনবা শাবু। মালেমলৈবু তাক কোরৌনোংবু তাকনা-লৈথক লৈখা তাকপা, লৈপাক নোংথৌবু তাকতুনা খুরুমজবা। হুম্না হুম্না লাৎলমএ- লাইশোলগা লোয়ননা হুল্লগা ইরাৎলম্মী।*

## মেতু

লাইরেল মৈতেংঙু থোংনাং তখেলখোমপা তুপিসনা মচুংসেনতি। হাওরৈ নোংপোকলা পাংপারম ইংথি কাম্নাচোং লোইজরি চীংজাওসম নম লাইচা ইপাল তানা মেতু মপুঙয়ায়দা থৌসাবনে। মেতু-ও কৌবদি মায়িম খামরল মনিল নাইপানা লৈপাকপু মারে -ও কৌয়ে। মাললেম লৈথোঙফাৎ লৈমু

মায়োনথীনা ঔৱা তোঙতোই নিংথৌকী সনা য়োইকোলনুংদ তিল্লুইয়ে অতুনোংকীপু মারে-ও কৌপাপু অসৈতা থিপানা মেতু-ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মৈতৈ নিংথৌ গরিবনিৱাজনা নোংপোক লমদা নিংথি তুরেল লাম্লগা লোইজরি চীংজাও সমদুনা ঈশিং মপান তারগা মেতু লমদা লান্দাখি।*

*মেতু কৌখিবদি কবোশিংনা লৈপাকপু মারে কৌই। লৈপাক অদু তৌথোক্লগা অফবা লৈপাক লৈমুবু অৱা তোঙতোই নিংথৌগী সনা কোম্লুংদা থিল্লুই। মরম অদুদগী মারে কৌববু শৈশকপশিংনা মেতু থোনখি। নম-কবো লোন্দা ঈশিংবু নম কৌই।*

## মেনুথোং

হিথেল চংলৈমদি। ঙাংঙোই য়োইমোংবনা চীংঙু নোংথৌ সরারেন্দা মচল মেনু লৈতববু মেনু লৈএ চিলহাঙৈদা মোংবা খুয়োনথরে। অদুনোংগীবু মোংবা খুয়োনথোং মচল মেনু থোংও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## মেমৈ

মেমৈ কৌবদি কদৌনোংগীনো। খোইমোম লাইয়িংথৌ চীঙখোংপুথিবা কাওরেল সলসেলপুঙ কাওপী সলথোককোলবু ময়িম লোইবী মনিল নাইবনা মেমৈও থোম্লেএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## মেরেমে

চীঙঙু খমতিংকোল চীংয়াফৈথিংবনা তুবি মৈরেলমাবু চীকনা মরি মরি তাইনা মেলনা লৈরম্মী হায়বগী মেরেমৈ কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## মেরেমৈ রেখমৈ

লহালনোং হয়িঙৈদা খাবা তৌওৎনা য়াংবা ফামনা হাইগে হাইঙমদঙৈ। অৱাং কোরৌ নোংমাববু তুবি লোনচৎননা শালথুপঙৈ। লোইবী মচেৎমনা তুবি কোরৌ নোংমাব লোল্লাং পাখংববু তাইনা মেলনা লেনা খমনা ওকঙামএ। অদুনোংগীবু লোইবী মেরেমৈ হেম্বা রেখমৈ-ও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মমাঙথৈ খুৎকনবা খাবা কাঙলুপপু মাঙহনবা ঙমদরিঙৈদা লোল্লাং পাখংবনা অৱাংবা চীংদা লোঙুনা লৈরম্মী। মদুদা চীংমী কাঙবু অমনা লোল্লাং পাখংববু লুনা চাম্না তাইনা মেলনা লেনা খমনা ওক্লমই। মরম অদুদগী মফম অদুবু মেরেমৈ রেখমৈ কৌখি।*

## মেলতে

খোইয়ম থাঙৱায় মারনিংথৌগী মপারি মেলতে ঙমবা মারাম্বা তোল্লোংখোম্বা চীঙঙু মাকাইফমনে। মেলতেঙম্বা থোনমরক্তি। থাঙৱায় মারনিংথৌনা শামদোন অয়াঙববু ফারে তেরে হায়বগী মেলতেপা কৌয়ে। *(থাঙৱায়রোন)*

## মৈচঙ

ইয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোন খুলপী পোংমহন্না শেলপী সিতপা কপো নাতাপাপু লৈরিকপরা হায়না খুলথিঙৈদা। লৈনুংপোইনাওতানা মমায় পোইরৈ মৈতৈপাংনা হনব্রায়রকপাতা। চীংখোঙ পোইরৈতোনদি চকপা অংকো ঈকী শিরাই য়াওরৌ শাখুল তোললাই সেলচাও পানপোকলাই কোরী পনচন লাইপু লাইকারে। হৈকোয় নোংথমচন চুপা ঙৈচায়েক লাব্রাই নামপাচোক খুয়া থগ্নোন সুরে। চীংখোঙ পোইরৈতোনতি চকমোম খাম্বী মৈরম ইন্না চঙখিরে মৈচঙও কৌএ। *(উমংলাই খুন্দা)*

## মৈচৎ

লমলেন মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংবুরোয় লাংওল্লকপদা চকমোম খাম্বী মৈরম ইন্না চৎখিয়ে। মৈচৎও তৌনা কৌয়ে। *(পোইরৈতোন খুন্থোক)*

## মৈতানসোয়

মোংপা তোরয়মাতি হৈরেম মচি কোনথিংপা খুনচান মনাও থিংকোনপানা। খরায় চাংতোল খল সোয়রেল খমখাংলৌনা লুফুই নামথুমপাপু। চকমোম খামপী মৈতাল চঙএ। হৈরেম মৈতানসোয়ও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## মৈরা পোলচেংলম

ময়িম সেলোই লংমাইনা হাওকপ চীংসাংথেং খুলফম ঙাংচেংনীন থাঙঙা য়ৌখান থেংলুবগী মারাল ওন্দেরকপদা। মৈতেংঙু উরাকোম্থৌবনা থিঙলৌ পনচললে লাবা তুকুম পলকোইরে। ময়িম সেলোই লংমাইনা চীংদা কানা চেল্লবদি থুমনাও কোকপাকপীচা ফাকুম ফানরে। য়েন্নাও য়াঙসঙপীচা তালকুম তান্নরে। মাওবী পোঙসঙয়ান য়েন্দেম থারাম সোইবগুম্না মেতাক লমসল ওই মংলক লালনা য়ানকুম য়ান্নরে। লংমাইনা তমদা তানা চেল্লবদি সাপী লাইতাঙপীচা ফাকুম ফানরে। সেলোয় খোয়মা নাদ চঙনা চেল্লবদি লাংবল কাওরেল সললৌচঙবা লোইমোম পোমসঙ সায়বা য়ৈকুমলে। ময়িম লংমাইনা লাইজ ঈদা কুমনা চেল্লবদি লাংবল ঈকা ঙা লেমলৈ অহুকপা ব্রানচেং আহাব ফাকুমলে। সেলোই সিফা নিকলে। ময়িম সেলোই অমলবগী তাংজ লুরেলতোলকা সিনৌ লাকা মোইমায়তোল লাললু পোললেম হাল্লববু। পোলচেং লাইচমনুংদা কোঙকোই মিৎসা ওনদরে লেমচেংমৈরা মুৎলে। অদুনোংগীবু মৈরা পোলচেংলম-ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*সেলোই অমলবগী-সেলোই অশিবগী। তাংজ লুরেলতোলকা-মকোক্কা। সিনৌ ... হাল্লববু- লানা য়োমশিন্দুনা পোল্লাংদা কোক হাপচিল্লববু। পোলচেং লাইচমনুংদা- পোল্লাং মনুংদা। কোঙকোইমিৎসা ওন্দরে-মমিৎ পাঙদরে। লেমচেংমৈরা মুৎলে- অরোইবা য়াহিপ তাল্লে, শিরে।*

## মোইরেং

মোইলেংও কৌবদি খোইনৌ নোংপালচনু খোইনৌ মতা তরুকমনা কোরৌ নোংকাখিঙৈদা। খোইনৌ মতা তরুকমনা মমালমচা তরুকমবু লাক্তরে হায়না সোন্না লেংনা সোনমোইরমএ হায়বগী মোইরেং-ও কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## মোইরাং

ঙাংনিংশিং অমসুং ঙাংহম্লোক্কী মচা মশুনা শন্দোকখিবা মোইরাং কৌবা শলাইগী কাংবুনা লোইরেন সনাপুংদা খুন্দাদুনা নিংথৌওইনা পাল্লম্মী। মোইরাং শলাইনা পানবা লমনি হায়বগী মফম অদু মোইরাং কৌনখি। *(লম্মীংলোন)*

## মোইরাংখোম

(১) মোইরাংখোমও কৌবদি কদৌনোংগীনো। মৈতেংগু নিংথৌখোম্বা হাক্তক্তা হাওরৈ খানা পাংবরম লাইজ য়িনা ব্রাংবা মালেম লৈনা নেম্বা পুং। কেকে মোইরাং ঙাংখচা খুনফমলেন্দা লান্দাদুনা খুয়োল সেকলৌ ঙাংলৌ ঙাংখা ওকচিন লাখোং খোইনাই ওম্বু উরা লাইজিং য়াওসু খুন্দোন ছিথা চৎলম ফানসাং মনিন নাইবপুঙ থাঙ্গা লৈকাই তরেৎমকপু খোল্লকএ হায়বগী মোইরাংখোম-ও কৌএ।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## মোইরাংখোম

(২) নিংথৌখোম্বা হাক্তক্তা (খৃ: ১৪৩২-১৮৬৭) মপা ইবুঙো পুন্সিববু মোইরাংনা হাৎখিবগী লাল তৌদুনা মোইরাং তুম্না হাৎলে। মোইরাং লানমীগী মকোক পুম্নমক খোমদুনা পৈরগা মথক্তা পুংথোল্লে। অদুনোংগী মোইরাংখোম কৌখি। *(মীয়াং লারৈ লাথুপ)*

## মোনচু

মোনচুও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহাললনোং হয়িঙৈদা খুম্নুংলোঞ্জা অরিবা লোল্লাংপাখংবা তুবি কোরৌ নোংমাববু নোংচু-ও কৌববু। ময়িম লোইবী মনিল নাইবনা মোনচুও থোন্নৈএ।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## মোনচীং

নোংয়াই খুমনচনু অদোন শংলৌরেম্বীনা খোমলেন মঙখৈনখি। মমান মচা কেগে মোইরাং ঙানবা থাঙলৌকোই উরা হামজাওসু শাফববু খোমলেন মঙফোঙনবা ব্রাগী। কোরৌ নুমিৎ অমদা লল্লেন অরোং শঙলাংমৈবু নাতৈননা লমওক্লগে ইন্দান্দনা নোংহাম্ববু শোয়নরে। কোরৌ নুমিৎ অমদি লৈতাং য়ুম্মোইকোন লাল্লোই পাওবীতেকপু থংননা হৈরাং থোপচলয়েনা নোংহাম্ববুসু শোয়নরে। কোরৌ নুমিৎ অমদি মপাম নোংয়াই শংলৌবু নাতৈননা লাইজ ঈয়োকফুবু তৈনাখিল লুমাইলেম শঙলেন মাঙলম লৈনাখন চরৈ য়াকুতৈ মোল্লাং তাইথনা নোংহাম্বগীবু নোংয়াই মোনচীং-ও থোন্নৈএ। *(শল কাও)*

## মোলসাং

লোইবী মখনমদি চীংখোঙ পোইরৈতোম্না লোইবীশিদবা হেম্বা নাদববু খুনথিরকপদা। লাইজ ঈরোম্নুংদবু থৌদুনুং অশাংববু লৈঙাময়ে। নুংশাংও কৌববু পোইরৈতা ফাথিবনা মোলসাংও কৌয়ে। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

## মোরী লেপপিচীং

কেগে খুনতিনবী মচীংজীনগী মোরী লেপপিচীং কৌবদি কদৌনোংগীনো। খোইয়াম লংবা য়াখংলোই তরেৎমনা মালেম লয়খোঙ কায়হল্লমলাবগী। কেগেখুয়োন মোরী কৌবনা খোইয়ম লংবা য়াখংলোই তরেৎমাকী তাওজা খোঙকুল লীনা তানথখিববু চেংলৌ সকউদরবগী লেপনা কোংনা য়েংলময়ে হায়বগীবু মোরী লেপপিচীং কৌএ। *(মোইরাং লৈকোই পুং)*

## মোয়োল খুল্লেন

হেমপা মাতাইমপু লোইপী হাও মায়োল মায়োল খুল্লেল লৈও কৌবদি। নায়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোম্না চীংবুরোই লাংওল্লকপদা। তারা চাপুকলাম উনপী চাফম হোংলাপাকী মামোইথাপ মামোইরেংবু য়োল্লময়ে। মায়োল খুল্লেনলৈও থোম্নেয়ে। *(পোইরৈতোন খুম্থোক)*

*তারা চাপুক লাম- চাক লাম্লবগী। উনপী চাফম হোংলপাকী- পুক মথক মখা ওল্লবগী। মামোইথাপ - মাগী লশিং মোইথাপ। মামোইরেং-মোইথাপ। "থাওঙা কল্লোংনা মামোইথাপপুতি মমোইরেংও কৌএ" হায়না নিংথৌরোল লম্বুবদা ইরি।*

## মোংবা হিয়াংলম

(১) লংমাই ঈরোক লাইচম্মদি শেল্লোয় শাজললোক লংমাই মুংবি হিয়াংলমও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নোংমোইনু অহোংবী সনা লিনগোইগী লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবা য়োইচিংলেন তমহৈবনা। মুংবা হিয়াংয়ান ব্রাকয়ৈ শনচিচঙ খমলৌ ঙারেন চীন্দথোং তোংচেং নৌখনলৌ। মরাং উকুহন হিয়াং নাপনতোং উনৌ খোংজাশম্মা খমলৌ ঙারেন হুপপু তাউথঙলবদা। খোংজি নারেংলোন হিরি তোংদম ফান ঔরি লীয়ায় নোপনা হোইচিংববু। অঙানবনা খোকমৈ নেমলে তাউতনপানা মতাং তেল্লে হায়না ঔরি লীয়াই নোপ্পনা হলব্রাইরক্লে। হয়েংকৌবা নোংগাশোয় সোরা তৈমা ওল্লক্লবদা অনৌবা ঔরি লীয়ায় নোপলুসে হায়না হলব্রাইখিববু। ব্রাকয়ৈ মখুনেত্তি থৌদু নুংবু ওনঙামএ। অদুনোংগীবু লংমাই মোংবা হিয়াংলমও তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

(২) লমলেন মদাইমা হাওরৈ নোংচুপনা পাংবারম ঙাঙোই য়োইমোংবনা মোংবা হিয়াং য়ানথঙে। ঔরি লীয়াই নোপ্পদা য়োইময়াই তাওদনবনা মতাং তেল্লবগী। হয়েংকৌবা চীংনুংশোই শোরা তৈমা ওল্লবদা অনৌবা হয়া ঔরি লীয়াই নোপহৌগে ইন্দাল্লকপবু। ব্রাকয়ৈ মখুনেৎতি থৌতু নুংবু ওনঙমলে। অদুনোংগীবু মোংবা হিয়াংলমও তৌনা কৌয়ে। *(লৈরোন)*

## মোংবিজম ইরেল

মোংবিজম ইরেল কৌবদি। য়োইমোংবনা তুদৌঙেদা নোংচুপলম ঈশিং চেল্লময়ে। মনাও তাওথিংমাংনা ফম্বাল কারবদা নোংচুপলম চেনবা ঈশিং অসিবু। সোরারেল তরেৎমানা লৈখারোল তরেৎমা তারামরিবু চিংনা কৌথোকতনা। নোংচুপ চেনবা ঈশিং অসিবু খানা পাংনা চেনহলসে হায়রবদা। সোরারেল তরামঙামনা হায়নৈয়ে। মমিংসুঙ তাওথিংমাঙ কৌও হায়রে। মায়াম্মা য়োইমোংববু নোংচুপলম চেনবা

ঈশিংবু থিংহনও হায়রবগা। য়োইমোংবনা লাকপা ইরমদি য়ুহিখোং ইন্না লাকয়ে। লৈয়ুখোংদি ভেলাওনে য়ুহিখোংদি লুব্রাউবা খোংনে। লাইরেল পীনাইবা তরেৎমনা ইনখৎলকয়ে। ঙা মরম লৈবা খৈবিক ইনখৎলকয়ে ঙানা পনথিংলে। লাইরেল পীনাইদবা তরেৎমানা থক্তা থোল্লে। কৌবরেলগী খুয়ানে থংচীঙগী খুয়ানে পীনাইদবা তরেৎমাগী মথক্তা নম্না থন্নময়ে। ঈশিং খানা পাংনা চেনলে। য়োইমোংবনা হন্নক্লবদা ঙাগী মশক ওইনা লাক্লবদা মোংলময়ে। মোংবিজম ইরেল কৌয়ে। *(লম্মীৎলোন খুৎই)*

## মোংবীখোং

পাখংবনা মোংদনা মোংদনা শান্নে হায়বগী মোংবীখোং কৌএ। *(থাঙ লম্মীৎলোন)*

## মোংসাংগৈ

খৃষ্টাব্দ ১৫৬৪ দা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা চহি ৩৫ নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্বা মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী লোইমোম ফৌগৈ তরা চেংগৈবু শংশাংওইনা শাদুনা পৈরম্মী হায়বগী নিংথৌ কোলোয় মমিং লৌদুনা মুংয়াম্বগী অশাংবা কৈ মুংশাংগৈ হায়বদগী মফম অদু মোংসাংগৈ কৌনখি। *(লম্মীৎলোন )*

## লফু কুমদমশোই

হাওরৈ খানা পাংবালম লগ্রেন লফু কুমদমশোই কৌবদি কদৌনোংগীনো। কেগে মোইরাং থিয়াং মীজাওবনা ইদাইরেম হাওরোক পানবীসু ব্রাবা পান্দম্বা কোংয়াং ব্রাপারাল নংদি থিংলৌ পনজললো য়াওরৌ শাশেমও হায়খিয়ে। তয়ুম খোইরি তোনজাওসু নংদি কেগে নোংগাখোংদা লৈগ্রে ঙাশেমও লুফুই নামথুমও হায়খিয়ে। হাওরোক পানবীসুনা য়াওরৌ শাশেম্ববু ওক্লেন পনজননা থিংলৌ শায়াম চল্লে। মোইরাং খোইরি তোনজাওসুনা কেগে নোংগাংখোংদা লুফুই নামথুম্বা শোয়রেল খমঙাকপবু লেমলৈ ঙাচংতামলে। মোইরাং খোইরি তোনজাওসুনা পাথৌ খম্বলব্রাগী ইনুং শোইয়াইমদা য়াওরৌ শাবনতোল য়ানফংলে থিংলৌ কোনজাইখি ওকলেন পনঙমখিরে। হাওরোক পানবীসুদি হুয়াই শেনখোইখিয়ে। কেগে মোইরাংনিংথৌ থিয়াং মীজাওবসু শোংগীয়ে। ঐবু হয়েং কেগে মীয়ানপুং মোইরাং মীতুফমদা নোংমল্লো হায়রঙেনে। থাংলেন কোমশংপা লাংগোই শরিথোকপবু শোংগীয়ে। ঐদি পাখংনাম্বা ফিনা নোংবাল ফৈরোইজামবা মহৌলোইগা চরৈ লাকমাতোনবা মালৌয়ুংনা হৈবা ফিনা শমুঙক্তা কিনা নোংমললগে হায়না য়াওরৌ শাবল পন্দোলথক্তা য়ান্না নোংমল্লে হায়দবরা। হাওরোক পানবীসু ব্রাবা পান্দম্বদি লোইদাম থাশিরা লাংহৈ কুমওল্লবগীদমক তাল্লোই মরুম্বী খয়োইরোন চীংহাওনুনা থৌখামলবনরিঙেনে হায়না ব্রাতাথিরে। লৈমা লোইরেনফাবী খুনজান ঙানুহাইবু অশৈনবা চনুনা ব্রাওইখিয়ে। ইমান হাওরোক পানবীসু য়াওরৌ শাশেম্ববু লাক্তরে মনেম মচা খয়োইরোন চীংহাওনু শাথিবী নিংঙোলনুবী মৈহল চৈখুপাংবী কামুনুপী কুমওৎচীং মাইমুবী খয়োইরোন চীংহাওনুনা থৌখাম্লবনরিঙেনে। মানজা ইব্রা ওইববু লোইদাম থাশিরে লাংহৈ কুমওল্লে ককয়াই মানবললৈবু শমু খুত্তা শুনা পাদমগে হায়না শারেল য়েত্তা পায়না পাদমখিয়ে। ইমান মচা হাওরোক পানবীসু ব্রাবা পান্দমবা কোংয়াং ব্রাপারাম্ববু মনেম মচা খয়োইরোন চীংহাওনুনা থৌখামলবদি শীংলেন নচুথাও লৈরাং নব্রাক চামগুনো। মানজা ইব্রা ওইবা হাওরোক পানবীসুবু অমন য়াব্রা পুকাওই অকেম চকমোম লাংগা ওইগীদি শীংলেন নচুথাও লৈরাং নব্রাক চামলকও হায়না । লৈমা লোইরেনফাবীনা মমান মচাবু পাদম্ববু শীংলেন মচুথাও লৈরাং মব্রাক চাম্লকলে হায়দবরা। লৈমা লোইরেনফাবীনা মমান মচাগী মার মখোঙ খুনবু লীখিবদা। কোংয়াং ব্রাপারাম্বদি য়াওরৌ শাবল পন্দোলথক্তা য়ান্না নোংমল ঙামলে। লোইদাম থাশিরা লাংহৈ কুমওল্লবগী মরু ময়াঙফুইনা

নোংমলঙামলে অদুনোংগীবু লমলেন লুফু কুমদমশোইও তৌনা কৌয়ে। লৈমা লোইরেন শাফবীনা ককয়াই মানবললৈবু শমু খুত্তাশুনা পাদম্ববু শোয়নরে। অদুনোংগীবু লফু কুমদমশোইও কৌববু পোইরৈতা ফাথিবনা লুফু কুমদমশোইও তৌনা কৌয়ে। *(শল কাও)*

**লমওক**

ফুমলৌ থোনখিবদা য়েংবীয়ু।

**লমতিং**

নিংথৌ শোপাইবনা ব্রাংচীংদা কোনুং শেম্না পাল্লবদা মনাইশিং য়াওনা লমতিংনা শেমলে হায়বগী লমতিংও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌ কাংবরোন)*

**লমতেং**

(১) লমলেন খাপালৌ লমতেং অহামসোয়ও কৌবদি। চীংখোঙ পোইরৈতোন মমা লৈনুং পিয়াইনুচা খোমফাং অতোলবনা পোইরৈ শিতাপাপু পুম্না লৈতে। লাইচা ময়েংতা পামেন মাপানলোই কোঙয়াং কংলাংথাং থৌতু খুফম হোংপাপু লমওক্করে। ঐদি পোহরৈ শিতাপাপু খুনথিররোইএ হায়না য়েনপঙ ফাইপঙ পোকপা পুংফাই তোলয়াম পানপা চীং অসি য়াতাকে হায়খিয়ে। চীংখোঙ পোইরৈতোন্না মামাইপা থোংনাং কাইপাআপু থৌনেকখিএ। নুমা পোক্কবরা পামা পোক্কবরা খোমলেন মঙচঙও হায়খিএ। থোংনাং কাইপাও তরেৎশেলতি মারাইয়ি নোইনু থুমতি কাকুপননা শিংশিং লাকা য়োম্না খোমলেন মঙচঙপাপু। নুমা পোক্কবরা নুমা পোকঙৈনে মঙফাওপাপু পামা পোকলকএ। পামা পোকঙৈনে মঙফাওপাপু নুমা পোকলমএ। অদু নোংগীবু চীংখোঙ পোইরৈতোন্না ব্রাওইখিএ। ইমাইপা থোংনাংকাইও নংদি খোমলেন করম মঙচঙ শোয়বনো হায়না ব্রাওইপাপু। মামাইপা থোংনাং কাইপাআনা পাওখুমখিএ। চীংখোঙ পোইরৈতোনও ঐদি খোমলেন মঙচঙ শোয়দে নারম লমলাপা ফিমাতোল অসিনা থেকপা কোইপাকী নারিঙৈনে। নরম লমনা তেংপা হামপাকী তৌপানে হায়খিএ। খাপা লৌ লমতেং অহামশোয়ও কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

(২) চীংখোঙ পোইরৈতোন্না মতৈলৈমা লৈনাউ তাবীগা মমাইবী শচি লাংকাপ্পী লৈরি লাফোংবীগা মাংব্রাই তুংব্রাইনুগা মমাইবা থোংনাংকাইবায়াংকা কম্বি লুরোইথোং মৈবুন হাইচাউথান্না খোমলেন মঙহিপহনববু। মপারি শাৎঙৈনে হায়ববু মমোম ফুইরকএ মমোম ফুইঙৈনে হায়রঙৈদি মপারি শাৎলকএ। অদুগীবু ইমাইবা থোংনাংকাইবায়াংও নঙনা খোমলেন মঙহিপ শোয়বনরিঙৈনে। খোমলেন অমরক মঙ হিপলুও হায়খি। মমাইবনা মৈবা হিংথৎনা য়িলম্বুকা তম্না মঙহিপ্পবু খোমলেন মঙচঙ শোয়রে। চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লমলেন কৌবা লমনা খাবানরিঙৈনে। অদুনোংগীবু খাবা লৌ হামতেং লমতেং অহাম শোয়ও তৌনা কৌএ। *(লাঙোল চীঙোইরোল)*

*খোমলেন মঙহিপহনববু - মঙতাহনববু । শাৎঙৈনে - পোক্কনি। মমোম ফুইরকএ - মচানুপী পোক্লকই। শোয়বনরিঙৈনে - শোয়বা ওইরিগনি।*

## লমপাল খোইরোঙপাল খোইচু লৈমোনপান

লমপাল খোইরোঙপাল খোইচু লৈমোনপালও কৌবদি কদৌনোংগীনো। চকথা মালথাচা লালসু মীনামুং লেরা মীরাংচালনা শিঙলেল খোইকলববু লাংবল খোইরাসুঙ অনি লোঙঙামমেয়ে। শিঙলেন খোইকলবসুঙ খোইচুনায়ে। অদুনোংগীবু লমপাল খোইরোঙপাল খোইচু লৈমোনপালও তৌনা কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*শিঙলেন খোইকলববু - খোইমহম ফোইববু, খোইনিকথববু। লাংবল খোইরাসুঙ অনি লোঙঙামমেয়ে - লাংবল থাগী খোই মহম খোইরাসুঙ অনী লোঙলম্মী। খোইচুনায়ে - খোই ফোইবসু মপাচানৈ।*

## লমপুই

লমপুইও কৌবদি কদৌনোংগীনো। হেম্বা মনিল নাইবনা লোইবী চীঙচুম য়িথোকফম্বু লমপুইও তৌনা কৌএ। কাওরেল সলয়াম লোই মুকমু সলকুপৈনা খুন্দাববু পুইও কৌএ। অদুনোংগীবু লমপুইও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

লমপুই কৌখিবদি করি মরমদগীনো। নুংঙাই মরাং কায়না পানবা চীংমী কাংবু অমনা চীংগী ঈশিং ঈচুম থোকফম্বু লমপুই হায়না কৌই। শলয়াম মপৈ লোইদুনা খুন্দাববুসু পুইও কৌই। মরম অদুদগী লমপুই কৌই।

## লমফেল সোয়

থাঙব্রায় মদাইমদি লমফেলসোয়ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। য়োয়বু খোইমোম লাইরেমমা লমফেলখুপী লমফেলহলবী মরমখৈনে। কেগেনা তেংথানা সোয়বু তাকও কৌয়ে। ময়িম নোংয়ায়না মীকৌনা খুমননা তেংথানবদি সোয়বু খমও কৌয়ে। অয়িম পোইরৈ মৈতৈনা সোয়ও কৌয়ে। মৈতিংঙু সেলবী খাগেম্বনা মদাইরেম তাংখম মনিল নাইবগী কোরৌ য়ুপালহলবা মাললেম লৈপুবনা। য়ামলা খোংফৈ চীরোন চম্না লেমলৈ অকাসোয় ব্রানচেং অকুমসোয়বু থৌখামসোয়নে। য়োয়বু খোইমোম লাইরেমমা লমফেল লৈমা তাংখুল অকৎলাং ফাবী সনা মকাইফমনে। লাইরেল মৈতিংঙু সেলবী খাগেম্বনা লোইতাম কুমবী খুতিঙগী লেমলৈ ঙাচাসোয়নে । অদুনোংগীবু লমফেল সোয়ও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন )*

## লমবুন হেকপসি হেশোনপান

(১) হাওরৈ নোংচুপ খানা পাংবরম লমলেন লমবুন হেকপসি হেশোনপানও কৌবদি কদৌনোংগীনো। মচী পাঙথংলমবু মশানৌ কামু অতোলবনা ইনুং শোইয়ায়মদা পরিং য়েৎওই তিং হামুল চারা লেপতমনৈনা লম্মুনখিয়ে। মচী চেংলৈ য়োয়পাঙথঙ পাঙথং অহনবনা শানৌ কামু অতোলবাও। নচী পাঙথংলমবু কদৌবা লম্মুনবনো হায়থবদা। শাবী চেংলৈ য়োয়পাঙথংও নংদি পলেম পামদবী মচানে ঐদি পলেম অপাম্বী মচানে হায়থবদা। শানৌ কামু অতোনবাও পলেম পীমচা পম্ফৌ পামচা নত্তবরা। কদৌনোং পলেম অপাম্বীমচা ওইখিবনো হায়ববু। ইচী পাঙথং অহনবাও নংদি মপল ওন্দেবী মদু হলব্রাইবী মপারিনে। নশানৌ ঐদি পলেম অপাম্বী মচানিগীনা নোংপাল লোইচা য়াঙবনা

লোইমোম ফৌরম চেনবালম ঙাশেপ লাইকংঈবু অশৈনও হায়না পলেম থৌদিকখোনগীবু লম্মুনবনে হায়থরবদা। মচী চেংলৈ য়োয়পাঙথংনা ইনুংশোইয়ায়মদা। শানৌ কামু অতোলবাও নচী পাঙথংলম করিগী লম্মুনখিবনো কল্লকয়ে হায়না হিকনা হৈনা কপলময়ে। অদুনোংগীবু লমবুল ব্রায়বাসি হেকপশি হেশোনপান কুমবা লায়রকশি ঙাশেপ লাইকংঈও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

(২) থাংয়ি তাওবুং খোংতৌবদি তালোই মরুপ্বী ইরেমতোইবী লৈমগা মোংবা শারোং লপলেন কাদা মোমনু নুহৌ তোংগুপ্বীবু অমরক তোংমন্নরে। লোইদাম থাবুশি লাংহৈ কুম্বু ওল্লবদা মপারি নাওরুম অতোনববু শাৎনরে। তাম্হোং ময়ুং কুই লেমথোং মফৈপাক্লদি পানমন্নরে। মপারি য়োইকামু কামু অতোনবনা অচাও লেপফারক্লবা শাংবা লেপতমলবগা পাখং মথোক্লকপদা পলেম মমানা ব্রাহমখিয়ে। পারি অতোনবাও নাহান নপল পলেম ঐনা ইপামলুব্রাংলাইবু লাইথুংঙৈ। মোমনু খুজিন শোনজিললাইবু লাইকাঙৈদা নপল থাংয়িবনসুঙ ইঙা লৌখোংথৈগুম্না থৈদোকঙৈদা। নচি পাঙথং অহনবগা য়ুনাওরোই য়াইমবগা অনিমসুং নপল ঐবু মীরাইয়ে। পলেম নমা ঐবু লাঙ্গোন্দে নচি লম্বু লম্মুল্লো। লন্নেন লম্বুন ব্রাইপলসি ঙাসেপ লাইকা ঈকুপ্বা লাইরক ঈবু ঙাপী ঙারুমশোই অচৌবনে। হয়েং পোইরৈ চাদোম্না কাউদনবা ব্রাংঙম শুদোম্না নিম্নবা লম্বু মুল্লো হায়না ব্রাহন্নবগা। মপারি অতোমবা কামু অতোম্বনা পলেম থৌদিকখোনগীবু কোরৌ নুমিৎমাদা মচি পাংথং অহনবদা পাওমেনখিয়ে। ইশাবী চেংলৈ য়োইপাংথং অহনবাও লেন্নে অকুমশোই লমপুন শোইরেন অচৌবদি কোরৌ অসি নুমিৎমাদগী নশানৌ ঐগী লমনে হায়না পাওমেনখিয়ে। মশাবিনা পাওখুমঙাম্মে শানৌ অতোনবাও করিব্রাবু হায়ঙম্বনো। পলেমপীমচা পল্হৌ পামচানে নুমিৎঐনা হান্না উইয়ে থবা ঐনা হান্না খঙয়ে। শোইরেন ঐনা হান্না হুনবনিগীনা লমপুন শোইঙাক ঙম্বনে লমলাং শোইশেনঙম্বনে। নচি লমবু কদৌবা লম্মুনবনো হায়না পাওখুম্ববু। মশানৌ কামু অতোনবনা শাবিও নংদি নপল পামদবী পলেম ওন্দেবী মচানে। নশানৌ ঐদি ইপল হুনজবী পলেম অচানবী মচানে হায়না পাওখুন্নবদা। মশাবী পাংথং অহনবনা পাইমা উনগোইনুংদা নিংখনখিয়ে। পলেম থৌদিকখোনবু ওইরিঙৈনে হায়না তাংজ মরুলুক্লা কনজাওমখৈলৈতনা তাংজ মরাইবকপু শমু খুৎনা নম পিরেম চাইজি মরাংহৌনা মীকপলময়ে। অদুনোংগীবু লমলেন লমপুন হেকপশি হেসোনপান ঙাসেপ লাইকংঈকুপ্বা লাইরক ঈ লাল্লোই চীংঙরেং খন্নে লৌখোংশোইও তৌনা কৌয়ে। (চেংলৈরোল)

*মচী - ময়াম্বা। পাঙথং লমবু - পাঙথং অহনবগী লম্বু। পরিং য়েৎওইতিং - চপচুম্না য়েৎওই তিংবা। হামুল চারা লেপতমনৈনা - নাপী পান্দোং য়ুংদুনা, থাদুনা। লম্মুনখিয়ে - লম মুনখি। চেংলৈ - চেংলৈ শলাই। য়োয় পাঙথং পাঙথং অহনবা - চেংলৈ নিংথৌ থাংই তাউবুং খোংদৌবনা ঈরেম তোইবী লৈমা পাম্নদুনা পোকপা মচানিপা অহন। পামদবী মচানে - পামদনা লৌবা মচা। পাঙথং অহনবা পোক্লবা মতুংদা তাউবুং খোংদৌবনা তোইবী লৈমবু খাইনখিবা অদুগী পলেম পামদবী মচা হায়বনি। তাউবুং খোংদৌবনা তোইবী লৈমবু অমুক হন্না লৌদুনা কামু অতোনবা পোকই অদুনা পলেম অপাম্বী মচা হায়রিবনি। মপল ওন্দেবী মদু হলব্রাইবী - মপামদা হনবী, মপা মমা মবুং মপ্নাগী য়ুমদা হন্নুবী। থৌদিকখোনগী - থৌদারকপগী। কল্লকয়ে - পাম্মুই।*

## লমমাশিও

লোইবী মখনমদি হেমবা নমমাশিও কৌবদি। নয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোম্না খুনবী পোংমহননা। লমলেন মদাইমদা লোইবী শিদবা হেন্বা নাদববু লৈরিগবরা হায়না খুনথিরকপদি লৈঙামদে হায়না শোল্লময়ে লমমাশিও কৌয়ে। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

## লমলাংদোং

লমলাংদোং কৌবদি কদৌনোংগীনো নাহন্নোংদ সরারেলগী কাওরেল মশল-চাবু কোলোই মিংনা হেনবী কোলতে লাংনুবীবু। মোইরাং নাপুবনা কাওরেল শলয়াংথক্তা খুরুপিতপ্পনা তোংলময়ে হায়বগী খুরাই হাওরা লমলাংদোং কৌয়ে। *(মোইরাং লম্মীংলোন)*

## লমলোইতাই

মোংবা মদাইমদি। ব্রাংঙমলোন পোংনু নুকোনবম চনুনা। ইপাম কুমগে সিকুমগে সনা লাঙজৈ চোৎকানে হায়বগীবু পাৎথি লমলোই তাইনা লনালোই লমসোমলমনে। পোংনু নুকোনবম চনু লমলোইতাইও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লাম্বুবা)*

*তুরেলগী মতাই অমদি । মৈতৈ নিঙোল নুকোনবম চনু পোংনুনা মপামদা লাকপদা মফি ফনেক চোৎকনি হায়দুনা পাৎথি কোমথি লৈতবা মফম য়েংদুনা চৎলম্মী হায়বগী পোংনু নুকোনবম চনু লমলোই তাই থোনখি।*

## লমলোঙকৈ

(১) লমলেন মদাইমা হাওরৈ লাইনা পাংবরম খানলৈ লমলোঙকৈও কৌবদি। য়োইবু খোইমোম লাইরেমমা লোইমোম ফৌওইবীনা। লমলেন খোমবীতোৎ উঙামপৈ তোংববু তোকনা হুল্লালঙৈ। লুব্রাং খাপম য়ুঙৈচামবা কোকলেন লুহথৌবা খাপঙ চেনচিলয়াঙবা তেংলৈ ওনকং মায়রোয়ন পাকসি চাঙৌচিল শারিক নীংথাংনা য়াঙলা সিঙওনথোকপু লীকথা মোইকাইসা থৌপোম মায়রোয়খন ফকলোং চারাইথা উপল চৈরোংফান থাঙয়ি লমবালতোং লোইমোম পোপতেকফুবদবু তাংথখিয়ে। লোইমোম চিগা সা থাঙয়ি চিপুঙপৈ লুব্রাংখাপঙ য়ুঙৈচামবনা। থাঙয়ি হোলয়িগীদি হোলঙমদা লোইমোম পুয়িগীদি পুঙমদা। হাপচা কৈরেনথন পাখং শংবাই নারোঙতৎ পোৎপু লেংলমতেক হাওরা সোলখৈনিক য়েনবীতোম্না হুইরবগী। মাপোৎপু তাংখোকপনা লোইমোম চিপুঙথক্তা নমকক চৈবীরবগী। লোইমোম ফৌওইবীদি কোরৌ নোংকাকে হায়না লুব্রাং খাপঙ য়ুঙৈচামববু সেম্না লোঙনা নিঙলময়ে। অদুনোংগীবু খানলৈ লমলোঙকৈ-ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

(২) খোইমোম লাইরেম্মা মরনকুগী হৈরি লীনাইবা খোইচীং লুপাকপনা লোইমোম চীপুঙপৈ নুংবাল খাবংয়ুঙৈচাম্বনা থাঙই হোংইগীদি হোংনাঙমদে চাওইগীদি চাওনা ঙমদে হাপসা কৈরেল থল্লে। পাখং শংবায় নারেংতৎ হাওরা শোনখৈ নিক য়েনবী হুইয়াই লোক্লে। কোরৌ নুমিৎ মঙানিবু মোমনু অব্রা পোৎথাদা মিৎমৈ পোরোমশুম লৌরি খুথিয়াম শল্পি খুনাম্বোক পাকোন খুরৌয়াম নুরা লুথোংপোৎপু থাঙই চেম্না হৈনা থাঙই হোনঙমদরবগী। মপোৎপু তাংখোইবনা লোইমোম চীবুংথক্তা নমকন

চৈবীরবদা। লোইমোম ফৌওইবীদি খ্বাংনোংজেংলাও নোংথি লাইমলহৌ চুবা ঙৈচায়েক্লা থুমনাও হেসোনখোন য়েন্নাও নাহেখিয়ে। মথংলেন লুব্রাং খাবে য়ুঙৈচাম্বনা লোইমোম লাইরেম্মাও নংদি করিগী থুমনাও হেশোন নিকপা য়েন্নাও নাহেবনো পাওহংববু। হোয়দা থংলেন নংনা পোৎপু তাংখোইবনা ইনম চৈবীনোংগীবু থুমনাও হেশোনবা য়েন্নাও নাহেবনে হায়না পাওখুমলকয়ে। নুংবান খাবং য়ুমোইচাম্বনা খোইমোম তাল্লোই ইরুম্বীও। ইরান মোংবা য়িম লাব্রায় সেলপাং চীরাওবীচা মালেম থৌরে লৈরেমকা নানৌ হাথশঙদা য়াতারুসে হায়না পাওমেনববু। খোইমোম লাইরেম্মনা শঙলেন মরালয়াইদা য়াতাসে হায়বরা হায়না শোন্না নীংনরকয়ে। অদুনোংগীবু লম্লেন খাম্লে লমলোঙকৈ-ও তৌনা কৌয়ে। *(ফৌওইবী ব্রারোল)*

(৩) ফৌওইবী ব্রারোল অমদা - নুংবান খাবং য়ুমোইচাম্বা কোকলেন লুহুথৌবা খাবং চেনচিলয়াংবা তেংলৈ ওনকং সাইকোইবা পাকসী চাঙৌচিন শারিক নুংথাংনা য়াংলা সিওনখোককুম লিকথা মোইকাইসা থৌপোম মায়রোয় খন্না ফকলোং চারাইথা উপন চৈরোংফাননা থাংয়ি চরৈথেম লোইমোম পোপতেকফু থাংয়ি লুম্বানতোংবদা তাংথখিগে হায়না সেম্না লোঙনা নীংলময়ে। অদুনোংগীবু খানলৈ লমলোঙকৈও তৌনা কৌয়ে।

*তোকনা হুন্নালঙৈ - থাদোকলমঙৈ, হুন্দোকঙৈ। লোইমোমচিগাসা - ফৌ চীংশানা মতোল তুমনা পৈশখৎপা। থাঙয়ি হোলয়িগীদি - ফৌ হোনবগীদি। পুয়িগীদি - পুবগীদি। হাপচা কৈরেনথন - ফৌনা কৈ থনবা। নমকক চৈবীরবগী - অনম্নমা ফুরবগী। উপন চৈরোং ফাননা-উপল চৈরোংনা য়ৈবা।*

## লমপুৎ লমমাহল

কেগে মদাইমা নারোং লমপুৎলমমাহলও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লুব্রাং নাহা য়াওসা তানবনা য়াওরৌ সানিঙলোঙববু ফারকয়ে হায়বগী। মরম লমলেন মদাইমা অসিবু মানবি লয়হোমপাৎকুম সমু ইখোঙখুনবু করম পুৎথবনো হায়বগী লমলেন মদাইমা নারোঙ লমপুৎ লমমাহলও তৌনা কৌএ।

## ললহাং কুয়ানলোক

(১) হাওরৈ লাইনা পাংবরম ললহাং কুয়ানলোক মকু থোংঙাইচনু চিনহারোক পোলবী ব্রাতুংথাং চিঙনুংনুরাবী উনৌ কোনদে তুংথাংনবীনা পাওচুমলোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাব্রায় মকু তেংবোলবী চিননেনবী চেকলা নাব্রাংবীনা চিনহাখিয়ে। হয়েং ইমোম অমা ফুয়রবদি থাংই চেংলৈপামদা কাওজানগে। ইমোম অমা কোন্না ফুয়রবসু অঙৌবা তুরেল ব্রাংমা নিংথৌ কংলা ফালথোন তৈনা থাবদা কাওজানগে হায়না চিনহাখিয়ে। খোয়নৌ মতা পোলবী ব্রাতুংথাং চিঙনুং নুরাবীনা পাওচুমখিয়ে। ইতা মকুথোংঙাই চনুও পোলবী চিননেনবী চেকলা নাব্রাংবীও। হয়েং নপারি অমতসুঙ শাৎলোইগবরা খঙদে। নমোম অমতসুঙ ফুয়রোইগবরা খঙদে। নপারি অমা শাৎ নমোম অমা ফুয়রবসুঙ পোলবী মমিৎকুৎ চেকলা মপাচোম্বনা কৌবিরোইয়ে হায়না চুম্বীখিয়ে। অদুনোংগীবু মকু থোংঙাইচনু চিনহারোক পোলবী ব্রাতুংথাংনা পাওচুমলোক ললহাং কুয়ানলোকও কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

(২) থাঙব্রায় মদাইমদি ললহাং কুয়ানরোকও কৌবদি। লাব্রায় মাকু থোংঙাইবাচানু পোলপী চীননেনবীনা

চীনহারকয়ে। খোয়নৌ ইতা চেকলা ইঙায়রোয় পোলবী ব্রাতুংথাং চীঙনুং নুরাবী উনৌ কোমন্তে তুংথাংনবীও। হয়েং নাতা ঐনা ইমোম অমা ফুয়রবদি থাঙই চেংলৈপামপাতা কাওজানগে। ইমোম অমা ফুয়রাবসুঙ অঙৌবা তুরেল ব্রাংমা নিংথৌ কংলা ফানথোন তৈনা ফানপাতা কাউজানাগে হায়না চীনহাববু। পোলবী ব্রাতুংথাং চীঙনুং নুরাবীনা পাউখুমখিয়ে। ইতা মকু থোংঙাইবাচানুও হয়েং নাপারী অমতাসুঙ সাংলোইলাবারা খঙদে। নাপারী অমা শাংলবসুঙ নামোম অমা ফুয়রাবাসুঙ পোলবী নামিংকুং চেকলা নাপা চোমঙনে কৌবীরোইয়ে হায়না পাউখুমখিয়ে । অদুনোংগীবু ললহাং কুয়ানলোকও তৌনা কৌয়ে *(থাঙব্রায়রোন)*

*চিনহারোক- হায়জিনবা লোক। উনৌকোন্দে তুংথাংনবীনা -কোম্না পোকপনা । পাওচুমলোক-পাও অচুম্বা পীবা লোক। চিননেনবী- চীনথিবী। নাব্রাংবীনা চিনহাখিয়ে- নাপল তৌনা হায়খি। ইমোম ফুয়রবদি - ইচা নুপী পোক্রবদি। কাওজানগে-থাজগে। অঙৌবা তুরেল ব্রাংমা নিংথৌ-অঙোমনিংথৌ। তৈনা থাবদা- ফজনা থাবদা। পাওচুমখিয়ে- পাও চুমথোকখি, চুম্না হায়খি। নপারি- নচানিপা। শাংলোইগবরা- পোকলোইদরা। মপাচোম্না- পাজোম্বা।*

## লংবা চীংলেনয়াই

লংমাই থেনখাংমদি লংমাই লংবা চীংলেনয়াই কোরৌ নোংকাপফমও কৌবদি কদৌনোংগীনো। শেল্লোয় সনা মথোঙজিন লংমাই থোঙলেনখৈ মৈদিংঙু লাইরেল লাইতোংবা মমাইবা খাবা তেংমাইথিনবা লোইয়ম মাকতকপনা উপন লেংনা য়ুং লৈখাম তরৈয়াম্না লংমাই মথোঙথিংবা সনা থোঙলেনখৈ। কাওরেল শন্দংচাকনা তেঞ্জে ওই চীংমথিনা তেম্না ওই কোরৌ চিম্না লাকপা ব্রাংবন মংদুম মংনা লাকপবু কাপনফম লংমাই লংবা চীংয়াইও তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোল)*

## লংমাইখোং

মোংপা মতাইমাতি। মৈতেংঙু সমৈরাং য়োইরেনপানা কুমপা উসাতা লাংচন লীরৌলোককী কুমপা নিংথৌ সোয়ফমপাপু কায়না হুললকঙে। কুমপা নিংথৌসোয়ফমপা মসানৌপু হয়েল লালথৌথরকএ। মোংপা খুনলম ইম্না খুনতারকঙৈতা খোংমা তৌরমএ। লংমাইখোংও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## লংমাইচীং

(১) পাখংবনা লৈনুংদগী নুঙমু তোংদুনা তাইবংপান্দা ফাওনা নুঙকাঙকুম লংখৎলক্লে হায়বগী লংমাইচীঙ কৌই। তাইবঙপালবা অসিবু হেলেব অমা লৈতে হায়না শেললোই লংমাইচিঙ কৌই। তাকুপ তারেঙয়ে হায়বগীবু শেললোই তাকুপচিঙ লংমাই তারংচিঙ কৌয়ে। স্নায়াইগী মশক মাল্লি হায়বগী সেনলোই স্না হৈয়াইচিঙ কৌয়ে। *(লোয়য়ুম্বা শিনয়েন)*

(২) লংমাইজিং কৌবদি মিৎমক্লা উববু হায়রক্লে। লংমাইজিংদি নুমিৎমকপু কৌয়ে। মানা তাইবংপানবা অসিবু শেনবা লৈতনা পুরিয়ে হায়বগী শেল্লোই অপুবা চীং কৌয়ে। লৈখাদগী লংখৎলকয়ে হায়বগী লংমাইজিং কৌয়ে। মাবু তকুপ তরংনা কাংথোক্লকয়ে হায়বগী তকুপ তরংচীং কৌয়ে। হি য়াইগী মশক্তময়ে হায়বগী শেল্লোই হৈয়াইচীং কৌয়ে। মানা তাইবংপানবা থব্লাই পাল্লিবা পুম্নমদা পাঙ্গনপি

হায়বগী পেরুক পেদাইচীং কৌয়ে। থব্রাই পানবা খিবিক্কী মপীনে থব্রাই পানবা খিবিক্কা পুন্সি কৌনা শামনা থাংলুইয়ে হায়বগীবু শাম্বা থাংথোংচীং কৌয়ে। তাইবংপানবা পুম্নমবু নিকহন্দে হাইহন্দে হায়বগী শেল্লোই নিক্তচীং লংমাই হাদচীং কৌয়ে। *(পাখংবা ব্রাওনবা)*

## লাইকাঙপম মাঙ

নোংয়াই মতাইমাতি। অসাইঙৈকী হৈরেম কাচেং নাইফা চাকহাই থিপানা মরায় কাঙনা চেল্লকএ। অতোল লাইকাঙপম মাঙও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## লাইকাপান

তোরয়নমসাংমাদি। অতোন লাইকাপালও কৌপাতি কতৌনোংকিনো। খুনচালমেক্রুক মেনকায়াঙ হৈরেম খোইমোমসাপানা। খাকোক লুতাহুক পানকোং লুরোইথেৎনা য়িনুং সোয়য়াইমাতা মোংপা খুনলম য়িননা খোইমোম লাই সারকপাপু। হুইতৌ তাউসু কোইসিন হৈপানা। লোঙলেন মখুৎসুনা খুৎপাক তিলাইমেন্না তাঙচা লুরেনতোনতা চয়পীরে। লাইচা য়িরোয়ননা তাউথরকপপু খোইমোম লাইপু চিংপাকুমনা চিংখৎলকএ। অতুনোংকিপু নোংয়াই লাইচিংলম অতোন লাইকাপানও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*তোরৈ অশাংবা লমদমদি অদোন লাইকাপান কৌবদি। খুঞ্জান মেক্রুক মেনকায়াঙ কৌবা হৈরেম লাইশাবনা মী কিহন্নবা খাকোক কোক্তা উপ্রগা পানগোং থেৎচিন্দুনা অহিংদা তুরেলগী মরিল ইম্না লাই শারকপদা, খুমনগী হুইতৌ তাউসু কোইশিনহৈবনা লোঙনা মকোক্তা থিন্দুনা তাউথরকপবু লাই চীংখৎপগুন্না চিংখৎলকই। মরম অদুদগী লাইকাপান কৌখি।*

## লাইকোই

লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবনা ইশানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাংও। মোংবা শায়া কোৎচংনবা য়াওরৌ লাবা খুমনবু য়াংদৌ শারম লীসে হায়না ব্রাইরা শাদাল্লকপদা য়াওরৌ ফমহৌশাবু লমওক্লরে। লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবনা য়াওরৌ তুংইন্না তাম্নরকপদা। য়াওরৌ ফমহৌশাদি অব্রাংলাইনা পাংনা চেনখৎলকয়ে। চিংঙুশিদবা খোইমোম নাদবা চিংঙু নামুংববু কোইনা কোইনা লৈরুরে লাইকোইও কৌয়ে। *(তুতেংলোন)*

## লাইকোই অচনপা

চীংঙু নোংথৌ সরারেন অব্রাং পাখং য়োয়রেনপানা। মপারী লৈরাং খংয়োইলেনবা নোংচুপ তোনপাল নিংথৌপু চীংঙু মতিক য়েংগে হায়বগী চেংলৌ সকউহনতানা মাঙখিয়ে। মপারি নোংথৌ খোয়রী হাইপা হৈনা মব্রুচাউপা পামেল ব্রুচুঙ হকপানা মপল খোইয়ুম নামুংপাপু চেংলৌ সকব্রুতারাপাকী কোয়না কোয়না থিখিএ। অতুনোংকীপু লাইকোই অচনপাব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## লাইচম

লোইবী মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোনবু মায়িম লোইবী মারেমনা চেংলৌ শকখঙদবগী লায়না

থায়না হায়ঙামএ। অদুনোংগীবু লাইচমও তৌনা কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

## লাইচৎঈ

মোংপা তুথুপমাতি হেমচেং চকপায়ি মারেম চংপংয়ি কৌতরিঙৈতা। খোইমোম লাইচৎয়ি হেমপা ব্রাতোংচীংও কৌএ। তুপি অঙনপা লাইরেল অরেমপানা হাওরৈ নোংপোকলা পাংপারম চৎলকএ লাইচৎয়িও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## লাইতোল লৈমা খাইচাপুং

পুরিকলাই ইথাই কাইরেমপাকি মসাপি মোইরাংলৈমা লাইতোন লৈমা খাংনৌপিনা। মতাইরেম কেকে খুনফাংথৌ মোইরাং লাইফাংথৌ কেকে খুনথক খুনখাকী তয়ম মনিন নাইপা পুমনামাপু তরা লুকমায়লেমনা মায়খঙখিয়ে। য়িতাইরেম অথৌলিচা হেপপা থয়াঙ কোনতাইলোনপা সচীক লালনোংতম থপা লালনোংখায়পাপু সোয়তাপা নঙখোয়কা। লংমাই ফুরোইনু থাংঙা কমপোংওংপী মম্নাসৌ কোংয়াংব্রাসাসৌ লোকলৌ সৌরাইতাঙনা খুয়া য়ৌরুমমেন য়িমু ফিরাক সাপাপু সোঙকিতাপা। কাউরেন তমপা সনসকপা কৈরেন তেংথাপা নঙখোয়তি তরা লুকতোম চাউব্রো। য়িতাইরেম থয়াঙ কোনতাই লোনতাপা মোমনু মসুং মমানপা নুচা মমানতমপা নঙখোয়তি য়াংলৈ তাউপা মহুইচাকা তরা লুকচুমমননৌব্রো। থুমনাউ মখুতোনসুং থেকচানা য়েননাউ মসাতোনসুং খাইচানৌব্রো হায়খিএ। মতাইরেমসিংনা কেকে লাইতোন লৈমাব্রো করি খোয়নো ব্রোনথোকএ। য়াংলৈ তাউপা মহুইচাকা তরা করম লুকচুমমননাসিপানো ব্রাকৎচপাপু ব্রাকনফতনা। তাউপা মহুইচাকা থুমনাউ মখুতোনপু থেকচানখিএ। য়েননাউ মসাতোনপু খাইচামননাখিএ। অতুনোংকিপু লাইতোল লৈমা খাইচাপুংব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*তরা লুকমায়লেমনা মায়খঙখিএ - চাক কৌদুনা শকখঙ মায়খঙনখি। অথৌলিচা হেপপা থয়াঙ কোনতাইলোনপা- অকন অথৌবা। সচীক লালনোংতম থপা লালনোংখায়পাপু সোয়তাপা- শক্তিক থবানা থোকতুনা ঙানবগুম লালফমদা ঙানবা। মম্নাসৌ- শিখিবা ত্রুম। কোংয়াংব্রাসাসৌ- ব্রা মচীন তুম্বা। লোকলৌ সৌরাইতাঙনা- লোকতাইদা লৈবা ব্রা মচীন তুম্বনা। খুয়া য়ৌরুমমেন- খোঙ খুয়াদা থিনবা। য়িমু ফিরাক সাপাপু সোঙকিতাপা - ঈনা পুমঙাং ঙাংনা থোকপবু কিদবা। কাউরেন তমপা সনসকপা- মপা লৈতবা অকনবা শলগুম্বা। কৈরেন তেংথাপা- কৈগুম্না তেংথাবা। তরা লুকতোম চাউরো- চাক তোঙাম্না চাউ। থয়াঙ কোতাই লোনতাপা-থৌনা লৈতবা। মোমনু মসুংমমানপা-নুপী মানবা। নুচামমানতমপা- নুপীগী শাজৎ চৎপা । য়াংলৈ তাউপা- হুই। মহুইচাকা- মাগী হুইগা। তরা লুকচুমমননৌরো- চাকলুক অমত্তদা চামিম্লৌ। থুমনাউ- য়েন। করি খোয়নো- করি পুকচেম্নো। ব্রাকনফতনা- ব্রা লৌবীদনা। থেকচানখিএ- থেক্তুনা চামিম্নখি।*

## লাইপাই লমনুংশি

খুব্রাই নুংচেংপম নাইচাগী ব্রাইরা মতেনচানা তেনপাম্লবগী। তাউহুইরেং অহনবতি নুমিৎ চৈচেনলা থপা লাম্নংলা থিংলৌ য়াইনমনা মরোং চৈচেম্না লাইসনা কাকফে ঈপু ঈমু খকমা তারপানিকিনা। খোইমোম লাইনা তৌপাকুম পাইথাখিরে লাইপাই লমনুংসিও তৌনা থোম্নএ। *(নুমিৎ কাপ্পা)*

*তাউহইরেং অহনবতি- নুমিৎ সনা খোমদোনগী ময়াংঙ্গুং তাউহইরেং অহনবদি। নুমিৎ চৈচেনলা...*
*মরোং চৈচেন্না- নুমিৎ থা ফত্তবা থোক্লবদগী লান্দা মায়থিবা ফংদুনা চেনলে। কাকফৈ...*
*তারপানিকিনা- কাকফৈনা চিকপদা ঈ থোকপণ্ডম থোক্লবনিনা।*

## লাইফৌ

কেগে মোইরাং খোইরি নামোইয়াঙগী কাওরেল মশলচা ঙাংবা চীশাংবা মচী শংগাই হাইতুম্নবা কাওগা। অদোন নোংয়াই থিঙগোল মুবীচাগী কাওরেল মশলচা ঙৌবা চীদেনবগা। কাওরেন মচী তেনবগী তেনৌ হেকঙাই পঞ্জনহুকপা কাওগা। মানবীচীয়েনা কাওরেল লাইথেংনববু। কেগে খোইরি নামোইয়াঙগী কাওরেল মশলচা মচী শংগাই হাহতুম্নবনা মানবী চীয়েখেৎলে কাওরেল লাইথেংথোক্লে। ঙাংবা চীশাংবনা ঙৌবা চীদেনববু মমৈ মনা কাংনা তানখৎলে। ঙাংবনা ঙৌবা চীদেনববু মচী মরৈফাওনা ব্রাইখৎলে। লম্রেন লাইফৌও তৌনা কৌয়ে। *(শল কাও)*

## লাইফৌবী

লয়রায় মুংপিমাতি। অসাইঙৈকী কেকে খোয়রী নামোইয়াঙ কাওরেল মসনচা ঙাংপা চীংসাংপানা ঙৌপা চীতেনপাপু। হাওরৈ লাইনা পাংপালম তানখৎলকএ। ঙৌপা চীতেনপানা মরাই ফৌনা লৈঙমএ। অতুনোংকিপু লাইফৌপিও থোননৈএ। (তোরৈরোল লম্বুবা)

## লাইমৈবী কানালম

খুয়োন কংলৈ মদাইমদি। খোংবাল নাওব্রা তোরখোং সনা লাইহি অপিসা কানালম নুঙথৌ লাইহুললম খোইয়ম লাইমৈবী কানালমও কৌবদি কদৌনোংগীনো। খমপা নুঙথৌ মায়াংচাওপানা থংচিঙ মখোকচৈ খেরে চাজলদববু কংলৈ মসুমাঙদা খোকয়ি তায়িরিঙৈদা। তুবি অঙলবা লাইরেল অরেমবনা ফালতোলনীঙদা কারবগী খোকলাং মাখুৎসু খোকয়ি তায়িবা খেরে চাজলদবনা তুবি থানুংথিৎনা চৈবিরবগী। লাইরেল অঙলবদি খোকলাং তাচেলননা মালেম লৈখুল য়িলনা চঙখিরে। তুবি মমৈতোলবু কানা চাকলে হায়বগী মৈকাবী মায়াংচম নুঙথৌব্রা নুঙথৌলাইহুললম খোংবাল লাইফাওরমও কৌয়ে।

*(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

## লাইরিকয়েং

তমপা ব্রাংঙমলোন পানথোইপীনা নোংনেম খানা পাংপারমতা মশাপি অঙৌপা লংমাই নিংথৌকি মারা মখোংকুনপু লীরকপতা। মমান নিংথৌ খাপা শোকচ্রোংপা কংলৈ লৈপাক মপানা ঙমকাচিংনা। খাপা পুম্নহও য়াংপা পাকনা তাইনা তমপা মহুয়রোন ব্রাংঙমলোনকি মারা মখোংকুলপু থিনা য়োয়পু তাঙচা খোংকুল লীরকয়ে। তমপা পানপা ফাপীসুঙ মাললং ফেনচি ওইনা অঙৌপা চিঙলেন শোমপা নিংথৌপু ইন্তাললকপাতা। মশাপি মাললং নোংপোক হুমওইপাতি। তাংখুল মচীপাপু শানা। শরু ফৈথেৎনা ব্রাকতং নাশিনা কুরাউ ফাললংথাং য়াইরী খাঙথোম্না চুমপুল লাললৈ থেম। হুয়রোং লুফাংচিল থাঙলেল নামৈ য়েপনা তাংখুল খুৎখাঙমিতমথোংনা। লীরি খেনচো তিংনতি লকা তেনমৈরাকনা তেনতোং নমতা হুননা পোনা কাঙকম য়াতা চীক্লতি লোইপী চায়াই নোংয়ৌনানা তমপা মশানৌপু

নোংহামঙাময়ে। য়োয়পু কোরৌ অৱাংপীনা অঙৌপা মশাপিপু মিৎয়েং শানখিখিয়ে। মশাপি অঙৌপা কাইনও চিঙশোমপানসুঙ তমপা মশানৌপু চেংলওমিৎথীৎঙাময়ে। অতুনোংকিপু খোইমোম লাইমিৎথীৎও কৌপাপু পোইরৈ তাফা থিপানা লমলেন লাইরিকয়েংও তৌনা কৌয়ে।

*(পানখোইপী খোংকুল)*

*পাম্খোইবীনা খা মায়কৈদা মবুংঙো নোংপোকপু থিরকপদা, মকুনিংথৌ খাবা শোকচ্রোংবন চিংদুনা খাবা পুন্নমক হৌদুনা পাম্খোইবীবু তাম্নরকই। কৈ ফাবী পাম্খোইবীনা নোংলৈ নুংশিৎ ওইদুনা নোংপোকনিংথৌবু থিরকপদ, নুংশিত্তা ময়ুম ওইবা নোংপোক নিংথৌদি তাংখুল মচী শারগা, মকোক্তা শরু ফৈনা থেং মনাদা উতোংচিন মখ্বাংদা থাংখুময়ান খ্বাঙদা য়াইরীয়েং মশম চুখুল শানা পুন্দুনা চীরোং চিন্নগা নামৈদা থাং য়েপলগা খুদাংদা খুৎখাঙ হাপ্লগা লীরিনাম্ব য়ৌনা চিংদুনা তেনমৈ তেনগা থোংদুনা মনমদা তেন্দোং পোরগা মশানৌ ইবেম্মা তম্ফাবু ঊাইরমই। পাম্খোইবীনা মশাবী অঙৌববু উজখি। মবুংঙো নোংপোক্রসু পাম্খোইবীবু উরে। অদুগীদমক লাইমিৎথীৎ কৌবদগী লাইরিকয়েং কৌনখি।*

## লাইরম পাল

তাওরোইনাইনা লাইরেলগী মশক ওইনা ময়েক পাললা থোক্লময়ে। লাইরমপাল কৌয়ে।

*(লম্মীংলোন খুৎই)*

## লাইসিখোং

মোংবা মদাইমাদি। হিয়াংলোই ইমাওলোই ইপা ইপুলোই লোইরেনবা লোই খামবী ঙমবা সায়ামফাবালোই। অতে খাবকচা ব্রাংকোল লাইকুরা ফানা সঙকী ব্রাকয়ে খোঙওইনানা লাইসুম লাইঙৌ তানবদা। তুপি অঙনপা লাইরেন অরেমববু হাওকপ নিংথৌবা থাঙলেন মখুৎসুনা চয়পিরে। খোংতুম খোংনা চেনথখিবদা তুবি কোনফমবা লাইরেল সিচননাবনা তুমচিনখিএ। লানলোই লাইসিখোংও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## লাইহৌবী

কেগে কংলৈ মদাইমদি লাইহৌবীও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাহালনোং কেগে চাওবাপুঙ মোইরাং সাংবায়ায় অসিবু কেগে চিকনেম নেম মোইরাংচিকথম থমনা। কেগে মপা লাৎতা মোইরাং মপু লাৎতা থাংগা ফমদমদা কারাং থেনকাদা হিয়াং কুমমৈতা মীকু হিহোলতা মেরা মেল তোংদবগী। কেগে লাংতকনা মোইরাং চোইহোলননা খুয়োল হুইখোং য়েলখোংদ কৌচেঙ য়ামনা মীচিকতা থিংপা য়ামনা লাংতকনরবগী। নাহা নুপী খোমথি হাথিদা পাখং লৈপুঙ য়াকাদা নুরা খাংচেল পোংপেদরবগী। কেগে চিকনেমনেম মোইরাংচিকথম থমগে তৌকুমলবদা। কেগে খমতোকনিংথৌবা চনু লৈমা থারা লাইহৌবীনা হে হে লাওনা য়াহৌখোলগী। খুয়োল মনিলনাই য়াংপা মারাংহৌ কেগে নিলদুমনিল মোইরাং তানাদ পাখংলৈপুঙ য়াকাথোই নুরা খাংচেল মনিল নাইহৌরে হায়বগী খমথোঙ নিংথৌবাচনু লৈমা থারা লাইহৌবীনা হে হে লাইহৌফমও তৌনা কৌএ। *(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

*কেগে চিকনেম... থমনা- মোইরাংদি হরাও কুম্মে তৌদবগী হাচক চেক্রুবদা। কেগে... মপুলাংঙা- মোইরাংদা মপা মপু পোকপবু ইরাৎথৌনিদরবদা। থাংগা... থেলকাদা- থাঙ্গা কারাং ইরাৎথৌনিদবগী। হিয়াংকুমমৈতা- হিয়াংকুম্মে তৌদবগী। মীকুহিহোলতা- মীনা হি হোন্দরবগী। মেরা মেল তোংদবগী - মেরা থাদা মেরা মেল তোংবা থৌরম তৌরবগী। লাংতকনা- খোয়রাঙনা, পুক্রিংলাঙনা চরাংঙননা। চোইহোলননা- পুক্রিংগ্রাখল ইচাই চাইনা। হুইখোং য়েলখোংদ- হুই য়েল খোংদনা। কৌচেঙ য়ামনা... লাংতকনরবগী-কৌজেং, শা ঙানচিংবা য়াম্না লৈরবগী। নাহা নুবী-নুপী অঙাং। খোমথি হাথিদা- থক্কে চাগে হায়দবা। পাখং... পোংপৈদরবগী- পাখংশিং পুম্না ফমদবগী নুপীশিংনা পুন্দুনা তিন্নদরবগী । তৌকুমলবদা- তৌরক্রুবদা।*

## লাকোল ফা

চীংলেন নাপোমমদি । ইয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোম্না চংবী লাশেৎ ফারে পুনুংলারাক শেৎনা চামলৌ লাকোল শানা য়োল্লময়ে। অদুনোংগীবু লাকোনফাও তৌনা কৌএ। *(পোইরৈতোন খুন্থোক)*

## লাঙগোন চীং

(১) কৌবা মদাইমদি মশাবি চীংগোন কৌবগা মশানৌ লাঙগোন কৌবগা কৌবা লময়েল্লনঙৈদা। মুব্রানিংথৌ অতোনবা লাঙগোন কৌবনা কোইজবা লমনে। অদুনোংগীবু লাঙগোনও তৌনা কৌএ।
*(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

(২) মুব্রাপল্লি অতোনবা লানবিচা লাঙগোন কৌবনা কোয়বা চীংনে হায়বগী লাঙগোনচীংও তৌনা কৌথিএ। *(নিংথৌ কাঙবরোন)*

## লানঈ

নুংবান য়োইরুমলোন তরুকমানা কোরৌ নোংগাঙৈদা লাইজ ঈদা শান্দেংলমএ। কোরৌ নুমিৎ মঙানিসু পল্লমএ। অদুনোংগীবু লানঈও কৌএ। *(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

## লানতনচীং

কৌবা চীংলেন নাপোম্মদি থোংনাংনা তমথরকপা ময়াংনা কুমথরকঙৈদা। লম্মারোক লৈপানচানা হুয়েন লানচিংলকপবু। মৈদিংঙু লাইরেনবনা হুৎরিআ অপোইবা লংমাইথেম্বা লুকোক ব্রাহোংসুগা ব্রাকচীং ঙাচা পুংকালাইচাগা হুয়েন লান তনলকএ। অদুনোংগীবু লানতনচীংও তৌনা কৌএ।
*(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

মৈদিংঙু লাইরেনবা - মৈতৈ নিংথৌ তবুংবনা মৈতৈলৈমা লম্ফেলঙম্বী পান্নদুনা লাইরেনবগা পুন্সিবগা মচা অনী পোকই। তবুংবগী মথংদা খৃ: ১৩৯৪ দগী ১৩৯৯ ফাওবা লাইরেনবনা মৈতৈ নিংথৌ ওইখি। মৈদিংঙু লাইরেনবগী মতমদা হুইরিআ অপোইবা ময়াং কুরিআ ফাবগী লম মমিং থোনবদা অসুম্না ইরি - ‘‘কৌবা মদাইমদি হুরিআ অপোইবনা ময়াং কুরিআ কৌববু ফারৌএ কুরিআ লোকও তৌনা কৌএ।’’

## লানথেমখোং

তোরয় নমসাংমাতি। অতোন লানলৈতাপাতি লানথেমখোং ও কৌপাতি। পোইরৈ লৈসাংথৌ অখুপা তানথোং চানমপানা হুয়েল লানতাঙৈতা। খমপা য়াংতৈনাহা হেমচেং লোয়রং অতোনপা খানলৈ লৌতাপাপু কায়না হললে। নোংয়াই হেমনাই নাহা খাংনৌপাতি হাওরৈখানা পাংপারমপু খোপলকএ। অদু নোংকিপু অতোন লানথেমখোংও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## লানকৌচীং

ময়ুনিংথৌ কেকে লয়মাপাতি। নুংঙাই মরাং কায় লৈপাক মনিন নাইনা পাললমঙৈ। নোংচুপ কোংয়াং মনিংথৌ খাইচেন অহনপানা কেকে পুরিকলাই নিংথৌ সনা মথোঙখাতা। মানপী খুতকনা মুকমু লৈতোনকোন চাংচৌ চেপনা লোননা ব্রাকৎচরকয়ে। য়িব্রাং পুরিকলাই কেকে লয়কোইফমপা য়িপুংঙু তাউব্রো। হাওনু তোমসোন লংমাইনু সাংতে ঙাইনুপীপু তালোয় য়িলুমপীপু ব্রোইনাকে হায়না পুরুমচারকপা ব্রাকী। সাংতে ঙাইনুপীপু নোংচুপ কোংয়াং মনিংথৌ খাইচেন অহনপাতা লনকুপিরে হায়তাপারা। অতুনোংকি নোংচুপ কোংয়াং মপুংয়ায়তা খাইচেন অহনপাকা সাংতে ঙাইনুপীকা য়াংকোইমননাখিরে। কোরৌ নোং অমতাতুম কোংয়াং খাইচেন অহনপাপু মসানৌ খোমফাং অতোনপাকা য়ৈনারাপাকী নোংমললে। কোংয়াং মপুংয়াইতা য়াংকোইরিপী হাউনু তোমসোন লংমাইনুনা হুয়েল লালপাউ চেল্লকচৈএ। কেকে লয়মাপা ঙাঙোই পোংলেনহনপা য়িপুংঙু তাউব্রো। থংলেন খাইচেন অহনপাপু মসানৌ খোমফাং অতোনপানা য়ৈনারাপাকীপু নোংমললে। কেকে নাহাচাকুম নাউয়োকপী মোইরাং নমোমলেনকুম লাংকোনপী ঙাঙোই তরাচাকনা য়োইব্রোইরকপীনে হায়পাপু খঙপীতে। নতাইরেম কেকে থয়াঙ কোনতাইলোনপা পুমনা হৌনা। নোংচুপ কোংয়াং মপুং য়ায়তা চকমোম খামপী মৈহৌথারম লাউব্রো হায়না লানকৌখিএ। অতুনোংকিপু হাওনু তোমসোন লংমাইনু সাংতে ঙাইনুপী লানকৌচীংব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## লানপী সনসেনঈ

কম্বোং সাংখু সাংহন্নাওনা পাথৌও ব্রায়রা শায়াইরা হুয়েন লানয়াইপু নারিগবরা খঙদে হায়না। খুমু মনৌলোঙনা হোৎনা হোৎনা লাইজ ঈবু লান্না তান্নখিএ। অদুনোংগীবু লানপী সনসেন ঈও থোন্নৈএ। *(লুরাংলোন খোংকুল)*

## লানলোইলোক

লমলেন মরয়লোকপু নাতৈনানা। লাংনময়াই মসাপীকা লাংসোই মসানৌকা ময়াই য়াইথেংঙৈ। সানৌ মচিল মনাউকী হেমপা য়াইথেংলোকনে হায়পাকী য়াইথেং লোকব্রো কৌপাপু। কেকেতা ফাথিপা মোইরাং হায়মন তানপানা লানলোই লোকব্রো তৌনা থোননৈএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মরয়লোক কৌবা লমগা থংননা লৈবা মফমদা লাংনময়াই ময়াম্বনা লাংসোই মনাউগা অনীনা মাগী মাগী মতিক ময়াই লৈরবা য়াই চাং য়েংনখি। মচিন মনাও অনীগী য়াইনা তৌবঙম্বা থেংনদুনা য়েংই হায়বগী য়াইথেংলোক কৌনববু মোইরাং অশৈবশিংনা লানলোই লোক ও থোন্নখি।*

## লানশোনবী

মরেম হাও মতৈ মনাওনা পোইরৈতমদা কুম্নকপদা মতুনা মরাদা হায়খি। ঐখোয় অনিনা লাকলিবা অসিবু ব্রাইরা শা হুয়েল লানবু ওক্লদুনা য়াইবী মাংদুনবু তোক্লগত্রা হায়না শোল্লম্মী হায়দুনা লানশোন হায়বদগী মফম অদু লানশোনবী কৌনখি। *(লম্মীংলোন)*

*লানশোনবী : শগোলতোংবা খুনগী মনাক্তা অমসুং নিউ কাছার রোডকা নক্লনা তাবা খুল।*

## লামপি শলশেলঙ্গী

কমপোং সাংখু সাংহলনাওনা থাওঙা শলশেলবা কমপোংশলঙাকপা পাথৌও। ব্রায়রা শারা হুয়েল লাললা খণ্ডদে হায়না খুমু মনৌরোংবু হললা হলনা লাইজ ঈবু হুলনা লামনা তান্নখিরে। লামপি শলশেল ঈও থোম্নায়ে। কনপু নুংবুশংনা তান্নখিয়ে লৈকন তোঙসংঈও থোম্নায়ে। *(লম্মীংলোন)*

*লানগী সনসেন ঈ থোনখিবগা অমত্তনি ব্রাহৈ হেন্দোক হেক্তিন খর খেম্নবগীনি।*

## লালব্রাই

(১) মৈদিংঙু লাইরেন নাউথিংখোংনা অয়ুক চামায়লাংনা পুনুং হিয়াঙ্গৈ লৈরাই লৈহুনথানা কুমশাবা কম্বোং নানৈ থুম্বুম নানৈ চাঙা নানৈনা লংমাই খুল্লানগে লাকলকপবু। লাইরেন মৈদিংঙুনা তাঙজা মশমব্রাইনা ফারৌয়ে লালব্রাইও কৌয়ে। *(চাদ লাইহুই)*

*ফেলখামসঙ থোনখিবদসু য়েংবীয়ু।*

(২) মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা অয়ুক চামায় লাংনা পুনুং হিয়াঙ্গৈ লৈরাই তাহুনথানা কুমসাবদা কমবোং নানৈথু মপুম নানৈনা লংমাই খুনলানগে লাকপবু মৈদিংঙুনা তাঙজা মসম ব্রায়না ফারৌএ লালব্রাইও কৌএ। লাইরেল থংজিঙ মখোকলাংনা খামনা ফারৌএ খামসঙ-ও থোম্নৈএ। *(অহোঙপুঙ লালুপান)*

## লালু অনী তুমলিব্রাই

মোংবা মদাইমদি। লালু অনী তুমলিব্রাই থোনবদি। মৈতেংঙু তবুংবা মতাইরেম খুরাই নাহা চেমকাংপাম্বগা অহিংকাবা খোঙনা য়াঙবগা চীংশোং লালু অনীমবু হুয়েল লানমুননাখিএ। মৈতেংঙু তবুংবনা ইদাইরেম নপিংঙানা ব্রায়রা সেঙচা খাইচানফরোইএ। খুমু নৌসৌনফরোইএ লানলোই লমনা চুমসুনো। হুয়েল লালুমাবু চীক্লরুও হায়খিএ। লাইজ ইপাকথক্তা ব্রাকয়ৈ হিবু তোংনা য়ারেন খোংচিতোননা চীকনখিএ। মৈতেংঙু তবুংবা মদাইরেম অনীমানা হুয়েন লান মুম্নবগীবু। মৈতেংঙুনা চীংশোংলালু অনী তুমলিব্রাইও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*তুরেল তোর্বান অমদি লালু অনী তুমলিব্রাই থোনখিবদি মৈতৈ নিংথৌ তবুংবা (খৃ: ১৩৫৯-১৩৯৪) গী মনাই খুরাই নাহা চেমকাংপাম্বগা অহিংকাবা খোঙনা য়াঙবগনা চীংশোংগী কোক অনী মুমখি। মৈদিংঙু তবুংবনা ইদাইরেম নখোয় অনী খংনরগনু লানলোই লমনা অচুম্বা তাক্লবা মফম অদুদা লালগী কোক অদু চীকনরু হায়খি। ঈশিং ঈপাকথক্তা হি তোংলগা কোক অদুবু য়ানা চীক্লখি। মৈদিংঙু তবুংবা মনাই অনীনা লালু (কোক) মুম্নবগী তবুংবা নিংথৌনা চীংশোং লালু অনী তুমলিব্রাই থোনখি।*

## লাললোনপুং

লয়রায় মুংপীমাতি। মৈতেংঙু অয়াংপা মতাইরেম খুরাইওমপা য়াইচা কুরাউপা সাকন তোংলিপা নাউলেমনা। হুয়েল লানসুং ফারকএ য়াওরৌ সাসুংপুমনা মুল্লকএ। নোংয়াই থিংক্রু কোকচাউ তিংক্রু ঙাংচা থিংক্রু লুতোন কমপোং থব্রা মাইয়িপিচা। হাউখুতেক নুংনাং উসোমপা অহুইপা কোনলাংপাপু কায়না হুললকঙৈতা। য়াওরৌ সানিকিতি সঙাই নানপীচাপু ফারকএ। হুয়েল লালসুং করম লোননা ফারকপনো। ব্রায়রা সারোনপুং হুয়েল লাললোনপুংও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## লাংগোই শামুথুপ

কৌবা মদাইমদি ময়ুম থোংনাংনা তমদা তারকঙৈদা। আরোংচা নিংঙোনবী য়াব্রা শিপ্পোং হাংবী পায়মা শিল্লেরোম্বীনা ব্রায়েন অদু মাপন লাংকোই লোইরাম্বীচানা শাস্তুপলমএ। অদুনোংগীবু লাংগোই শামুথুপও তৌনা কৌএ। *(লাঙ্গোই চীঙ্গোইরোল)*

## লাংচঙ

শেনবী মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোম্না চীংবুরোই লাংওল্লকপদা। মতৈলৈমা লৈনাউতাবীগা শেলবী মীরুনুং কবো মীরাংনুংদা চংলমএ। লাংচঙও তৌনা কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

## লাংচম ফিফৌলাল

লাংচম ফিফৌলাল কৌবদি। হয়িচকঙৈগী মৈতিংঙু হোংনেময়োই খুঞ্জাওনা পামেন হোইয়ানবা তলা হোইথেম্বদা। লোইদাম থাশিরা লাংহৈ কুমওল্লবনিগীনা চরৈ মব্রাক চাম্রে লাংচমও কৌএ। মালৌ মপান কুম্বা ফিবু লাইজ ঈদা শুনা ফৌরমএ ফিফৌও কৌএ। *(নুরাংলোন খোঙজুন)*

*লাংচম ফিফৌলাল কৌখিবদি। মমাংঙৈ মৈতৈ নিংথৌ হোংনেময়োই খুঞ্জাওনা (খৃঃ ৬৬৩-৭৬৩) উ য়ান্দুনা চিংলকপদা চহি অমা ফারবনিনা ফিশিংদু পাদুনা মচু ওল্লে হায়বগী লাংচম কৌখি। ইম্নফিবু ঈশিংদা শুদুনা ফৌরম্মী হায়বগী ফিফৌ কৌখি।*

## লাংচা লৌপুঙফৈ

(১) লমলেন লাংচা লৌপুঙফৈ পুঙফৈ লমনুংশিও কৌবদি কদৌনোংগীনো থাঙঙা নুখুবীগা কম্বোং নুহনবীগা অয়ুক চামায় লাংনা খাম্লে মরৌরেনবু লাংচারময়ে। অদুনোংগীবু লাংচা লৌপুঙফৈ পুঙফৈ লমনুংশিও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

(২) লাংচা লৌপুঙফৈ পুঙফৈ লমনুংশিও কৌবদি কদৌনোংগীনো। খমুং খুবীগা থাংঙা নুহনবীগা অয়ুক চামায়লাংনা খাম্লে মরৌলেনবু লাংজরমএ। লাংচা লৌপুঙফৈ পুঙফৈ লমনুংশিও কৌএ।

*(নুরাংলোন খোংকুন)*

## লাংজিং

লমলেন হাওপা সিফেন লাংচিঙ য়ুচিঙ চনুনা ব্রাংলৈ য়ুসিলব্রাইও কৌবদি কদৌনোংগীনো। মম্নিম

থাঙজা কমপোংনা হৈরাং ব্রাইচৎহৌ ব্রাইনৈ চৎনতাপাতা। য়ুচিঙ চনুনা ব্রাংলৈ য়ুসিলয়ে। লাংচিঙ চনুনা শারেল শাশিলয়ে। খোইনৌ ইতা য়ুচিঙ চনুও নংনা ব্রাংলৈ য়ুসিলবদি ব্রাংলৈ য়ুতাইথেৎপু লৈবরা। খোইনৌ ইতা লাংচিঙ চনুও ব্রাংলৈ য়ুতাইথেৎপু লৈতরে। খোইনৌ ইতাও শারেল শাতাইথেৎসু লৈতরবদি। থাঙজা ইঙাইরোই কমপোং ইহিসাংনা ব্রাংলৈ য়ুনিপা শারেল শানিববু ইতা ইপিঙঙাদি চিঙসা লুমসানারাসে হায়নখিয়ে। মপাম কমপোং লমনা থাপপানিকিনা য়োইময়াই তাওতলবনা মতাং তেল্লবগী লেকলময়ে। থাঙজা ব্রাহায়না কমপোং মীকৌনানা অরেকপাপুদি অরাংবাও কৌয়ে। অদুনোংগী লাংচিঙও কৌয়ে। অদুসুঙ মদোমদে। অমু খুব্রাংলাংমৈরেম্বনা হোঙনেমঙৈদা থংচিঙ মখোকলাংগা খোইনৌ মরাংমৈগা হৈনা ময়াংনুগা কনানা হেনবনো তমখিয়ে। হৈনা ময়াংনুনা শাংয়ে থংচিঙ মখোকলাংনা তাংমা ব্রাৎলে খোইনৌ মরাংমৈনা থোইয়ে। অদুনোংগী অমু খুব্রাং লাংমৈরেমপা হোঙনেমচীং খোইনৌ লাংথোইচীংও তৌনা কৌয়ে। *(লম্পীৎলোন)*

## লাংতে লৌমল্লাং

লোইবী মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোনগী য়াংলৈ তাউবা মহুইচাবু খাংলী য়ৌথাংলাং নুংপী সানল ফুপাকলাংনা থুরৌএ। চীংখোঙ পোইরৈতোন্না থিঙলৌনীংনা তেনা লৌরকএ। হল্লকপবুদি তেরকপাও কৌএ। অদুনোংগীবু লাংতে লৌমল্লাংও কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্ফোক)*

## লাংথবাল

(১) লমলেন মদাইমা থোংলেন তাইবি লাংথাপালও কৌবদি কদৌনোংগীনো। মায়িম শেলোই লংমাইনা থাঙজা মলহায়গে কমবোং মনথৌগে লাকপদা। চুঙলোং মনমখাঙবু মালেম লৈদা থারময়ে। ময়িম শেলোই ব্রাহায়না লংমাই তেংথাননা চুঙলোং মনমখাঙবু লাংও কৌয়ে। অদুনোংগীবু থোংলেন তাইবি লাংথাপালও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

(২) তোরয় নমসাংমাতি ময়িম সেলোই লংমাইনা। মমোম নোংপানলোন কাইরৈমা খুনথুংতাপীপু কমপোং মরানয়াইতা কাওচানাঙৈ। মললা মসীংব্রাৎপকী থাঙজা মলহায়কে কমপোং মলথৌকে লাকপাতা। ময়িম সেলোইনা ব্রাহায়না কমপোংনা তেংথানা চুঙপু লাংও কৌএ। লাপা চুঙলোঙ মনমখাঙপু থারমএ লাংথাপান-ও কৌয়ে। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

(৩) মেনগী নমখাংদগী চঙ্জীং শৎতোকএ। লাইরুরা লাই পাখংপানা ফুক্কে তৌববু লাংনা কিশিননা খামনায়ে লাংথাপান কৌএ। *(চীংশৎলোন)*

## লাংমৈথেৎ

লমলেন মদাইম খোয়নৌ লাংমৈথেৎও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নোংয়াই থিঙকোলহলবনা পাসি মপুঙয়াইদা লোইদাম থাবু সিনা পম্লেংঙৈ পাসি য়াকা চাইরে। নোংপোক পাসি মপলথোঙদা মানা নোংখম চায়োম থোকচবদা খোয়নৌ মারাংমৈ লাংচেংচারা মরুথেৎপু থৌকাওরময়ে। পাসি খুনপু লৈতংচনু হাওনু ময়িথুম্বীনা মমাল মচা নোংয়াই থিঙকোলহনবগী খোয়নৌ মরাংমৈবু শমু খুত্তাশুনা ইন্দাল্লকয়ে। ইমালমচা নোংয়াই থিঙকোলহনবা নংবু ঙাইরাখিও। খোয়নৌ নারাংমৈ লাংচেং

নরুথেৎপু নোংপোক ইপনথোঙ তাওজিং হৈবোংপোক্তা নংনা নোংখন চয়োম থোকপদা খোয়নৌ নারাংমৈবু থৌকাওরময়ে হায়না পাওমেল্লবদা। নোংয়াই খুমননিংথৌ অদোন থিঙকোনহনবনা য়োইবুনাই পাসি খুনবু লৈতংচনু হাওনু ময়িথুমবীও। খোয়নৌ ইরাংমৈবু শমু নখুৎতোম্না কুমজিং লোম্নিংথক্তা থেৎপিরমও হায়না পাওমেনখোনগী। মানজ মব্রাওই নোংয়াই থিঙকোলহনবগী কুমজিং লোনমায়থক্তা থেৎলময়ে। অদুনোংগীবু খোয়নৌ লাংমৈথেৎ শামন কাতেংলমও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## লাংমৈপুঙ

তুরেল লাংমৈপুঙও কৌপাতি কতৌনোংকিনো। লাইরেল ঙাংঙোই য়োয়মোংপানা অরাং নোংনিংথৌ ফাকং য়োয়রেনপা সোরারেনতা। মোংপা মচল লৈতাপাপু মচল মেনু লৈয়ে চিলহায়নোংকী মোংপা খুয়োল চিলওস্থঙে লাংমৈ পোংলেল মরুথেৎপু তাউখৎলকয়ে। অতুনোংকিপু তুরেল লাংমৈপুঙও তৌনা কৌয়ে। তুরেল লাংমৈপুঙ থোনমরক্তি। থেপা নাহাকপা মমোম মুমশিললাং অশীনপী মুমশিললাং অতাউপীনা চয়রৈ মকাফোংপা ব্রাকী কংলৈ লমনা ওল্লে। লেমলৈ খেরাং থাংতানা ব্রানজেংব্রাইকুপ তাউতনা পেঙপা লুরোয়কাতানা ঙাব্রা খুৎপুন চোংতানা লাইচা ঈরোননুংতা লৈকু লৈরাইখাতা কাওশিঙ কাওরানুংতা লেমলৈ অপকঙাপু কাতানা শানফোংতানা শাম্নুপখিরাপাকি খাপা শেকচ্রোংপা কংলৈ লৈপাক মপানা পাওমেনখিয়ে। ঈতাইরেম য়োয়রেন লাংকোল চুমপা নঙতি কংলৈ লমনাওনপা অসীপু খোমলেল মঙচঙলাও হায়থরাপাতা। য়োয়রেল লাংকোল চুমপানা খোমলেল মঙচঙপাপু চিঙঙু কংলৈ লৈপাক মপানা পাওমেলঙাময়ে। তাইয়ম য়োয়রেল লাংকোল চুমপাও থেপা নহাকপা মমোম মুমশীললাং অশীনপীনা মোমনু চয়রৈ মকানপপু মকাফোংপাব্রাকী কংলৈ লমওনপানে। কংলৈ লমতাইরাও হায়না খোমলেল মঙপাউ চেললকপা ব্রাকী। খাপা শেকচ্রোংপানা তেকপি ওকলাংমৈনা শারেল লুককাচিং শংলৌ খিকথংনানা কোম্থা য়াইকাথা চকফি লমহম চংপীলা চেঙঙৌ ফানাহাপ লৈরাংকাহন য়েললুম লৈকোপীনা লমতাইপাপু তেকপী ওকশাপেপু লাংঙাময়ে। অতুনোংকিপু তুরেল লাংমৈপুঙও কৌয়ে। *(পানথোইবী খোংকুল)*

*য়োইমোংবনা মচন মেনু লৈতববু লৈ হায়জিল্লুবদগী মহাক্না মচল নুপী মেনু শাদুনা শোরারেলগা লুহোংবগী মতাংদা তুতেংলোনদা অসুম্না ইরি- "চিংঙু নোংথৌ সোরারেন্দি ঙাংঙোই য়োইমোংবগী শরেন য়েৎলম লেপ মেনু শাকবীগা খোইমোম লাইকোননুংদগী মরান লুহোং খোংদোংবীরবদা। তাংজ ইকাইনংগনে হায়বগী মচল মেনুথোংবু থোংলেন পানবৈ লানবদা শমু খুয়োনথানা লাইজ ঈরোম্নুংদা লুপখিরে। চিংঙুনোংথৌ সোরারেম্না খোংলেন ময়াই লেপনা মিৎয়েং শানখৈরিঙৈ। লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবদি খোংলেন লৈয়াংপা মালেম লৈনিনবনিগীনা খোংলেন মরিন ইম্না তাওথরকয়ে। লাংমৈ পুংলেন মরুথেত্তি লাইজ ঈরোম্নুংদগী তাওখৎলকয়ে। অদুনোংগীবু তুরেল লাংমৈপুংও তৌনা কৌয়ে।"*

## লাংশঙ

ফুমফৌ থোনখিবদা য়েংবীয়ু।

## লাংসু খুনব্রা

হিথেল চংলৈমাতি। চেকপ লৈখেব্রা লাংসুম খুনঙমব্রাও কৌপাতি। অতোন থিংপাই নোংমাংপানা কোঙয়াং ব্রাপান অমা থাইএ। লাংলেন কোঙয়াং ব্রাপুমমাকিনা কোয়াং মতাং অমনা তরা চাসিনতোংপু ওইনৈএ। কোঙয়াং মতাং অমনা লাংলেন মতাং খাপেলাং লেমলৈ ঙাওৎলাং নোইনু থুমওৎ চৈপু ওইনৈএ। কোঙয়াং মতাং অমনা ব্রাংলৈ লিয়োং তোংপু ওইনৈএ। লাংলেন মচেৎ অমনা লাইব্রা পামিৎয়ীৎনা লুফুই নানম থুমনৈএ। লাংলেন মশা অমনা কাওরেন তনপা লেংনাউচৈ। চৈপুল খাংসুরাকপা য়েননাউ পামপা মকোক তাঙচা লিললু মানপা। মচিল কোনথাং চারল লেংপা কাওরেল সনসেনচৈপু ওইনৈএ। কোঙয়াং মচেৎ অমনা লংমাই মুংপীয়েল চুপমারেং লমসংকায়। মকোক তাঙচা লিললু মানপা মমৈ ব্রায়রা সেংকম মানপা নুরা সমু পনথোংথিংপু ওইনৈএ। কোঙয়াং মতাং অমনা চেকপ খারোয় মাপু সানৈএ। অতুনোংকিপু চেকপ খারোইব্রা লাংসু খুনব্রাও তৌনা কৌএ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*কোঙয়াং- ব্রা। ব্রাপুমমাকিনা- ব্রাপুম অমনা। তরা চাসিনতোংপু ওইনৈএ- চাক হাপ্পবা উতোং ওইনৈ। লাংলেন-ব্রা। ব্রাংলৈ লিয়োংতোংবু - য়ু থক্রুবা উতোং। পামিৎ য়িৎনা- পজেং ইত্তুনা। লুফুই নানম থুমনৈএ- লু শাদুনা থুমনৈ। সেংকম- উ কাচি কারোং।*

## লাংয়াংফম

মৈদিংঙু নাওথিংখোংনা মপা উরা কোন্থৌবগী উক্রোং হোঙনবা য়াম্লুবা উ অদু চিংলকপদা হম্না-হম্না নাম্থোক্তুনা চেনখ্রবদা। মীয়াম্না হন্দক্তি লাংথাক্তুনা ফারসি হায়না খন্নরে। মরম অসিনা মানা লাক্কদবা মাইকৈদা লাংথাকলে। মফম অদুবু লাংয়াংফম হায়না খংনহৌরে। *(উমংলাই খুন্দা)*

## লিক্লাই পুকফাৎপা মচীংশাং

তৌকাই আকাইবা মচিঙসাং লিকলাই পুকফাৎপুঙও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নিংথৌরাংঙাআনা রাংঙানা লিকলাং পুকতা য়োৎনা মরান ওন্দেরকপদা। ময়িম লোইবী মারেমনা লিক্লাং পুকতা য়োৎপবু থাংলেন মখুৎশুনা ফাৎনা লৌখিয়ে। ময়িম লোইবী মারেম অসিদি হুয়েল করম লান্দাল কায়বনো শোল্লময়ে। অদুনোংগীবু মারেম তৌকাই অকাইবা মচীংলেন লিকলাই পুকফাৎপা মচীংশাংও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*লিক্লাং- লিক। পুকতায়োৎনা- পুকতা য়েপনা। মরান ওন্দেরকপদা- ময়ুম হল্লকপদা । ময়িম লোইবী মারেমনা-চীংদা তাবা মারেম খুম্না। থাংলেন মখুৎশু খুৎশুথাংনা। ফাৎনা- হায়দোক্তুনা । লান্দাল কায়বনো- লালওংচুমদনা লান্দাবনো। শোল্লময়ে- হায়রম্মী।*

## লিনচিককোন

অদোন নোংয়ায় ব্রাহেং খমগোইবগা লংমাই কাকলেন শিখম কোইবগা অনীমকনা চায়না খোঙফেন্নবদি। নোংয়ায় ব্রাহেং খমকোইবা পাখংতিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি খোয়মা লাংদোনশম ককলু লুমাইলেংলে। লংমাই কাকলেন শিখম কোইবা তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি। নোংয়ায় ব্রাহেং

খমকোইবগী লাবা থনুংথিৎনা তুরে। অদোন ব্রাহেং খমকোইবদি তুরেল ব্রায়খুবীচাগুম নীংনাতেনা ককলৌ মানবনথক্তা পুৎথা পুৎথা চেনখিয়ে। লংমাই তিমেন মখুৎশুনা পায়মা নুংহকথিৎলবগী মরিন য়াদা চীকনা লাইজা ঈরানখিয়ে। লমলেন লিনচিককোনও থোয়ৈয়ে। *(চায়নরোল)*

*চায়না খোঙকেয়বদি- তা পায়দুনা লাল তৌনবদি। তিমেন মখুৎশুনা- মখুৎশু তানা। কেয়বদি- লঙলবদি। খোয়মা লাংদোনশম- নাপী মথক লান্দুনা। ককজু লুমাই লেংলে- ফুমদা থিয়ে। থনুংথিৎনা তুরে- মবুক ফাওনা থিয়ে। নীংনা তেনা- হন্দুনা। ককলৌ মানবলথক্তা- ফুমথক্তা। পায়মা নুংহক থিৎলবগী- মবুক ফাওনা থিয়বগী । মরিন য়াদা চীকনা- মথিবোং মরিন য়াদা চীকুনা। লাইজা ঈরানখিয়ে- ঈশিং লানখি।*

## লিলপী লিলপালথোং

থাঙব্রায় মদাইমদি। লমলেন লিলপী লিলপালথোংও কৌবদি। পাখং খেনীঙ মাব্রাচা নুরা চেঙচা মাসালঙমবু ঙকথী লুমলাংকোলনা পামেল থোংপাকথক্তা নুরা হিকোক মচুথাও কুমচেং পারে থোকনারময়ে। অদুনোংগীবু লিলপী লিলপালথোংও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোল)*

*অব্রাংগী লমদম অমবু লিলপী লিলপালথোং কৌখিবদি। পাখং লৈশা অনীনা পুক্রীংগী অপাম্বা কোঙদোক্রদুনা উগী থোংপাক্তা কোনশিন্নদুনা নুংশি লৈপুন ওইনবা ব্রাশক পন্দোন লোয়খি। মরম অদুদগী লিলপী লিলপালথোং কৌখি।*

## লিল্লানচীং

শেল্লোয় মখলমদি তাংজা লিল্লানচীংও কৌবদি কদৌনোংগীনো। হয়িঙৈদা তাংজা লিন্না লাল্লময়ে। অদুনোংগীবু শেল্লোয় লিল্লানচীং খোইয়ম লাইলানচীংও তৌনা কৌয়ে। *(নোংমাইজিং চীজোইরোল)*

## লিলব্রাই ঈমারু

লিলব্রাই য়িমারু ফানলৌ লাইমকোন লিলব্রাই খারঙপোক কাকলেনসি নামসংকোন মীরাপোংথোকলম ঔরি সমমৈথাং লমলেন কোমবিরা লিলব্রাই য়িমারুও কৌবদি কদৌনোংগীনো। হয়িঙৈ তাঙচা লিললা পাখংবগা মারুম হঙোই কোনথিং নুরাবিগা হৈরাং ব্রাইচৎহৌঙৈ ব্রাইনৈ চৎনাতানা কোংলৌ লমখৈবদা। হৈরাং নাপাকপা তাউচিঙ লোঙচুমবা খমনুংসিদনুবি মাহৈখঙ নাওব্রা চীনখুহৈ পললেম পিনিলহৈবু তাউচিঙ হৈচেনেনঙৈদা। মথংলেন তাঙজ লিললা পাখংবনা মারুম হাঙোই কোনথিং নুরাবীবু ব্রাওইখিয়ে। য়িখোয়না কোংলৌ লমখৈববু নথংলেন ঐঙোন্দা কুমচিং ফায়েৎলি পাখং নামপা সমপালথোং পাথাঙ তিললোল য়ামববু ললকুবীদে হায়না ব্রাওইখিয়ে। তাঙজ লিললা পাখংবনা হাঙোই কোনথিং নুরাবীবু ফৈব্রা মাতালব্রায়না য়াওজরে। অদুনোংগীবু লিলব্রাই য়িমারু তাঙজ লিললা পাখংবা ব্রাইচৎলম হাঙোই কোনথিং নুরাবী ব্রাইকোইলমও তৌনা কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*হৈরাং ব্রাইচৎহৌঙৈ - হৈ চাবা চৎপদা। ব্রাইনৈ চৎনাতানা- চৎথোকপদা। কোংলৌ লমখৈবদা- অথাম্বা লমদা। তাউচিঙ-হৈ। হৈচেন্নঙৈদা-হৈ হেকপদা। ব্রাওইখিয়ে- শাউখি। য়িখোয়না- ঐখোয়না। লিলব্রাই য়িমারু- ইরিল তুরেল মরু।*

## লিলোং

ছিথেল মতাইমতি। লিলোং সাহৌপাংও কৌপাতি। নোংমাই খোয়পা তেলহৈপা অতোন হাউপা অথৌপানা লমলোই ম্রিমচঙলঙৈতা। হনপা লামপাচা হনু কোংতিংনুসুং ফারকএ। চৈরৈ হাওরংফাইসুং লোকলকএ। তেকপি ওকলাংমৈসুং পুরকঙৈতা। লমলেন মতাইমদা তেকপি সাপুক ফাংলাপাকী ওকলেন মরীল লোঙলমএ। লিলোং কৌএ। সারেন সাসুং করম হাউপানো সাহাউপাংও কৌএ হায়তাপারা। লাইরেল য়োইমোংপানা মোংপা তুতেংপাতা মসানৌ য়োইহৈতোন তাউথিংমাং লিনব্রাই ম্রিমরুতা থৌনাপাকা লমওকনারে। লাইচা ম্রিচিলসুং অনি লোঙএ। লিলোং থোননৈএ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*ছিদেলগী লম অমবু লিলোং শাহাওপাং থোনখিবদি খুমন তেলহৈবা হাউবা অথৌবনা লম লোইচনবা লোইরগা হল্লকপদা হনপা লামপাচা হনু কোংদিংনুসু ফারকই। লংফাই ফিসু লৌরকই অদুগা ওক অমসু পুরকই। মফম চাবদা ওকতু শেমদুনা মবুক খায়দোক্লম্মী। ওক্কী মথিবোং মরিল অদু লোঙলম্মী হায়বদগী লিলোং কৌখি। থোংদুনা চাবদা হাউই হায়বদগী শাহাউপাং থোনখি। য়োইমোংবনা তুরেল তেংলকপদা মনাউ তাউথিংমাংনা ইরিল তুরেল তেংলকপগা থেংনরে। ঈশিং ইচিনসু অনী লোঙই অদুগীদমক লিলোং থোনখি।*

## লিসমৈ

লহালনোং হয়িঙৈদা খাবা তৌওংনা য়াংবা ফামনা হায়গে হাইঙমদঙৈ। অব্রাং কোরৌ নোংমাববু তুবি লোনচংননা শালথুপঙৈ। লোল্লাংপাখংববু হেন্না মচেৎ অমনা মরি মরি সোম্না সুক্না য়েংহৌএ হায়বগী লিসমৈও কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*থায়নঙৈ খুৎকনবা খাবা কাংবুবু মায়খিবা পিবা ঙমদরবদা অব্রাংবা চীংথক্তা লোল্লাং পাখংবনা লোম্না থুগ্না লৈরম্মী। লোল্লাং পাখংববু উবদা চীংমী মচেৎ অমনা মরী মরী থোক্লভুনা মুরুম মুরুম শোম্না সুক্না য়েংহৌই হায়বগী লিসমৈ কৌখি।*

## লিংবী চাকতাবা শজিক য়েম্নৌকা

থাঙব্রায় মদাইমদি। থোইয়ম লাইয়িংথৌ থাঙব্রায় মারনিংথৌনা শামদোন অয়াঙববু ফারকঙৈদা। লাংগোই উলবী চাফম হোংলবগী শজিক য়েম্নৌ কাববু চাকতারময়ে। লাংগোই মবুক থল্লবগী শগোল মতু লিংনা কনলময়ে। অদুনোংগীবু লিংপী চাকতাবা শজিক য়েম্নৌকাবা ও তৌনা কৌয়ে। (থাঙব্রায়রোন)

## লীকথেল

চাংদোন উয়ুমপোক লৈমা উরুম খাউচোনবী নিংথৌ ককসু তোংকোনবনা লুব্রাং শলহোংবদা লীকলাংখুৎসুনা তিনমেননাপা চীংনে। চীংখু লুকথেলও কৌববু লীকথেলও কৌএ।

*(লাজোন চীঙোইরোল)*

## লীকলা মহিথেল

তোরয় নমসাংমাতি। ঙাংঙোই য়োইমোংপানা মোংপা তুতেংলকপাতা। লমলেন মতাইমা অসিতি অহিং লীকলা তাকতে নোংচু মমৈ খঙতে হায়না সোললমএ। লীকলা মহিথেলও খোললমএ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## লীকলী

থাঙব্রায় মাদাইমদি লীকলীও কৌবদি। অপুং মাচন থেম্বীনা মথংলেন চীঙসোংনিংথৌ নিলদুম নিলতালববু। পোইরৈ তমতা তানা কুমখিববু লাকতরে হায়না থংলেনগী মারা মখোঙখুলবু লীরুগে হায়না খোয়মা নারোম্নুংদা লীৎ লীৎনা লাকয়ে। অদুনোংগীবু লীকরীও তৌনা কৌয়ে। পোইরৈ তাফাথীবনা লীকলীও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

## লীরু

কবো মদাইমবু লীরুও কৌবদি। চীংখোঙ পোইরৈতোনকা মতৈলৈমা লৈনাউতাবীগা লাইজ ঈদা শান্দেংববু লুনা হেন্না লৈঙাময়ে। লীরুও কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

## লুখ্রাখোং

তিংশোং লৈমগা মৈতৈনিংথৌ তবুংবগা মখোয় অনিনা তবুংলোক্তা লোম্না থুপ্না হৈরাংলোনজানববু খুলগী নুপীশিংনা অয়ুক্কী ঈশিং শোকপা নুমিৎ খুদিংগী চৎমিন্নবদা খংলকলদুনা। নুপীশিংনা মাগী মাগী নুপাশিংদা তম্বদগী, খুলগী নুপাশিংনা তিংশোং নিংথৌদা নামুং ব্রারম অসি হায়বদগী মৈতৈ নিংথৌ তবুংববু চৎহনখিনবা হায়য়ে। অহিংদা খুলগী মীয়াম হৌদুনা মানা চৎতরবদি তবুং নিংথৌ হাৎনবগী নুমিদাংদা খন্নরে। নোংঙানবগা নুমিদাংগী ব্রা অদু হাওরৈমনা মৈতৈনিংথৌদা তন্রে। হোরেল অহিংদি মখাথংবা লোক্তা লৈয়ু। ঐখোয়গী খুলগী মীয়াম্না নহাকপু হাৎনবা লাক্কনি হায়না পাওতমলে। তবুংবদি মখাথংবা লোক্তা লোত্তুনা লৈরে। মীয়াম্না থিবা ফংদ্রে। অসুম্না নোংম নোংমগী পাও পীদুনা লৈরকপা অসিদগী তিংশোং নিংথৌগা তবুং নিংথৌগা উনদুনা ব্রারম অসি ঙাংনরে। তিংশোং নংগী নুপী অসি মপানা ঐঙোন্দা হান্না পিবনি। ঐনা মাবু লৌহৌদবনি, অদুবু নংনা লৌরে। হৌজিক মশানসু ঐবু য়ারি। মরম অসিনা ঐনা মাবু থাদোক্তুনা চৎপা ঙমদ্রে। নংগী খুনগী মীশিংনদি ঐবু হাৎহনগনু। নিংথৌ অমবু নিংথৌ অমনা হাৎপসি চৎনবীনি। নংগী নকাদা ঐনসু লাল্লবনিনা নশামক্ল া হাৎচরো হায়না হাওরৈমা মাগীদমক্তা ঐসু থব্রাই থাফম থোকই হায়না নুংথক্তা ফমদুনা মৈতৈ নিংথৌ তবুংবগী য়াথংবু তিংশোং নিংথৌনা ঙাক্লে। খুলগী মীয়াম্না থোক্লিবা থৌদোক পুম্নমক অসি হাওরৈমানা থোকহল্লবনি। মৈতৈনা লাম্বারকলগনি। অদুনদি তিংশোং নংগীদা থম্বসু য়ারোই। খুলগী ময়াইদা ব্রাশাং অমা ব্রাংনা য়ুংলগা তবুংনিংথৌগী তাংজা লুরেল অসি থেৎসি হায়না তিংশোং খুলয়াইদা তবুংবগী মকোক অদু থেৎলে। অহিংদা খুল অদু লৈক্রক চত্তুনা তিংশোং খুলগী মীয়াম্না লৈক্রক্তা চংপ্রে। খুল পুম্নমকনা খন্নরে। ফত্তবা নুপী অসিনা খুলসিদা লৈবদি ফত্তরে। মৈতৈ নিংথৌগী মকোক অসি পুদুনা মৈতৈ কোনুংদা থমহলজুরো হায়দুনা, হাওরৈমানা তবুংনিংথৌগী মকোক অদু শমদা হাপ্তুনা পুদুনা লাকপদা ইকৌ খোংবান্দা পোখারমই। অসুম্না মথং মথং লাক্তুনা ঐবু লুখ্রা ওইরগদ্রা

খল্লুই। লুপ্পাখোং হায়না কৌই। *(উমংলাই খুন্দা)*

উমংলাই খুন্দা চেফোঙ ১১ শুবা চহি মার্চ্চ - জুন ১৯৯৩ ইং মশীং ৪১/৪২ ফাওবা "তবুং নিংথৌ" অইবা - ভারিয়ানবম কুলচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবদগী লৌথোকচবা লম্মীৎলোনশিং - তবুংলোক, লুপ্পাখোং, ইথোইখোংবান, ইচাই খোংবান অসিনি। লম্মীৎলোন অসি পুন্না য়েংবদা কান্নগনি।

## লুপাতা

নোংপাল্লোন লিঙ্খোইগুঙ্বীনা খাল্লে লৌতাবদা কোল্লোয় মথুৎতোপ সমু মখুৎনাওতোনগীবু মালেম লৈদা তারৌরে। অদুনোংগীবু লমলেন লুপাতা -ও থোন্নেএ। *(লুরাংলোন খোংকুন)*

## লুথোইপুং

কুংনা শি থোনখিবদা য়েংবীয়ু

## লুরাংলোৎ

হেন্বা লুরাংলোৎও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহান্নোং হয়িঙৈদা কেকে খাইতোন লৌথিবা মমোমলোন লৈমা কুমচারেম্বী মপারি থোংকল তেলহৈবনা নব্রা মখুঙৈ পলেম থৌতিকখোনগী পন্থৌ মপা পোকমাবা য়াংহল কুতাওববু ময়ু চংবী মকৈনুংদা পয়া পামোংলক্কী নোংমলৱাইবু সোংকিৱাগী সানথুপলময়ে। অদুনোংগীবু লুরাংলোৎও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*চীঙগী লম অমবু লুরাংলোৎ কৌবদি করিদগীনো। থায়না মোইরাং খাইদোন লৌথিবগী মচানুপী লৈমা কুমজারেম্বীনা মচানিপা থোংকল তেলহৈবা অঙাং ওইবদা তাকপিখি - নঙবু পোকপা নপা য়াংহনবা কু তোংদুনা লাকপবু নমা ঐনা কৈ মনুংদা লোৎপদা পয়া মপুনগা কোন্ননা শিখি। মমাগী ৱাদু তাবদা থোংকল তেলহৈবা অঙাংদি কিবনা লোৎলম্মী। মরম অদুদগী মফম অদুবু লুরাংলোৎ কৌখি।*

## লুরাংশকোন

কুরাউথোক কৌখিবদা য়েংবীয়।

## লুরাংশংবম

লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী মচা মগুনা শন্দোকখিবা লুরাং কৌবা শলাইগী কাংবুনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী হায়বগী মফম অদু লুরাংশংবম কৌনখি। *(লম্মীৎলোন)*

## লুকপানয়ান

লয়রায় মুংপীমাতি। থারৈ কোমপী মনোংয়াই লোকতোন অতোনপানা। পোইরৈ খুনকারকপাতা তরা চাকলুকপাকসু লয়রায় মুংপী থাঙথৌয়া হনগ্রু পোংথকতা য়াললমএ। লমলেন লুকপানয়ান ও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## লুমপী

মোংপা মতাইমাতি। নয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোনকা লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংপাকা লমওকনারে। হয়িঙৈ পাথৌ কৌপাতি য়িচুমমাও কৌএ। য়িচুমমা নঙতি কনানো। হোয়তা য়িচুমমাও ঐতি চীংখোঙ পোইরৈতোননে। পোইরৈ সিতাপাপু খুনথিপানে পাউখুমখিএ। তৌয়িকিতি চীংখোঙ পোইরৈতোন ও নংতি য়িচুমমা নত্তে ইয়ুব্রানে। ইয়ুব্রা নঙকী পোৎনা লুমপারা। ঐকী মোংপা তুতেংপাকী পোৎনা লুমপারা য়েংনাসে হায়খিএ। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংপাকী পোৎতি ব্রাকয়ৈ ছিনা পুপানিকিনা লুমএ। লুমপীও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## লুহুনপুং

মোংপা মতাইমাতি। তাঙচা লুহুনপুং ও কৌপাতি। মথৌ ঙাংঙোমপানা অতোন খোইয়া লাইকনপা মোমনু তালোয় মরুমপী। কেকে মোইরামপা চনু ইব্রাংলোন কুব্রাং সুপু। কোরৌ অরাংতাপু মরান লুহোংখোংতোংলকপীপু। য়িনুং সোয়য়াইমাতা চানা ইকা লামপাতা। মথৌ ঙাংঙোমপানা লুরক কাঙতৈ থি খৌনাউ লোনথোঙ লেললকলে। অতোন খোইয়া লাইকংপানা হুয়েন লানতাললকপাপু চুঙলোং মনমখাঙপু লাময়োললে। তিমেন মখুৎসুপু পাইয়োললে। থাঙলেন মখুৎসুপু লাকয়োললে। চৈরৈ সেৎলম সেৎতা মানলৌ য়িনলম য়িনতানা হুয়েল লানতাল্লকএ। লমলেন মতাইমাতা তানফংলাএ। মথৌ ঙাংঙোমপাও ঐতি চুঙলোঙ ইনমখাঙসুং হাঙলে তিমেন ইখুৎসুসুং তাম এ। য়িপিংঙা মরোং চুঙফুনাফরেইএ তিমেন তাচাইনফরোইএ। মোমনু তালোয় ইরুমপী কোরৌ অরাংনোংতাপু। মরান লুহোংখোংতোংলকপীপু লোইতাম থাসি তারি লাংহৈ কুমওননা তারিএ। তাঙচা লুরেনতোনপু হলব্রাইপিরমও। নমু কনানাপু নোংয়াই য়িমলক চঙলকতে খুমন য়িময়া হেপলকতে হায়রাকাপানো। মোমু তাঙচা সমতোনমাপু ককনাখিও। হায়না মানপী খুতপনানা মুকমু লৈতোন কোননা পুরুমচরাপাকী। চেংলৌ মসকয়েংনা নুংসিখিএ পুনুং মরেপয়েংনা নুংওনখিএ। মোমনু তালোয় মরুমপীকী তাঙচা লুরেনতোন হলব্রাইপিরমএ। তাঙচা লুহুনপুংও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*লৈরাই অমবু লুহুনপুং কৌখিবদি। মথৌ ঙাংঙোম্বা কৌবনা খুমন খোইয়া লাইকনবগী নুপী মোইরাং নিঙোল কুরাসু লুহোংবা কুইদরিবীবু নুমিদাংগী মৈ থানবা ই লৌশিনবদা মথৌ ঙাংঙোম্বনা মকোক কক্কুনা পুখরে। খুমন খোইয়া লাইকনবনা চুং তা থাং পায়বা নংদনা ফি শেংপোই শেত্তবোই তাম্নরকপদা মফম অমদা ফংলে। মথৌ ঙাংঙোম্বা ঐদি চুং থাং তা অমত্তসু য়াওরক্তে লাল তৌনগনুসি। ঐগী লুহোংবা কুইজদরিবী নুপীগী কোক অদুতদি হনবীরম্মু। খুমন কনানা খঙদ উদরিঙৈদা শমদোন অমত্তা ওইরবসু ককপিখো হায়না খুরুমজবদগী মব্রাহৈ খোনফম মশক য়েংবদা মবুক ওল্লক্কুনা কোক অদু পিবীরম্মী। অদুগীদমক লুহুনপুং কৌখি।*

## লুহুপ্পা

ফুমফৌ থোনখিবদা য়েংবীয়ু।

## লেম্বা খুন

নোংমা মহারাজ চূড়াচান্দনা তাংখুল তাবা খুল অমগী লম অকোইবা য়েংলম্মী। লম অদু য়েংবগা লোয়ননা খুন অসি য়াম্না লেমই, লেম্বা খুন ওই হায়বদগী লেম্বা খুন কৌনখি।

*লেম্বা খুন- ইম্ফালদগী কিলোমিটর ২৫ রোম চৎলগা লৈরিবা মফম কৈরাও কেন্দ্রগী মনুঙ চনবা তাংখুল জাতিনা খুন্দাবা মফমনি। হান্না চীংয়াংদা লৈরম্বদগী তম্পাক্তী লমদা কুমথরকখি। খুন অসিদগী থৌবাল ফাওবা মাইল অনীরোম ওইগনি। মাগী নাৎ-কলচর ফিজেৎ মশক থোক্না লৈরক্লবসু খৃষ্ট্যান ধর্ম্ম লাইনিংগী অহোংবদা খুনসিগী ওইনসু অহোংবা লাকখরে। মণিপুর নিংথৌ মহারাজ চূড়াচান্দনা নোংমা খুনসিগী অকোইবদা লম য়েংবা লাক্লম্মী। মহারাজনা লম অসি য়েংবগা লোয়ননা খুন অসি য়াম্না লেমই, লেম্বা খুন ওই হায়বদগী "লেম্বা খুন" কৌনখি। (সঙাই এক্সপ্রেস,৫/৪/২০০৩)*

## লেমথোক

তোরয় নমসাংমাতি। কেকে মোইরাং পেরুক আনা। ব্রাকয়ে হিচৎপাতা তোংচেং মখুনেৎপু থাংলমএ। পেরুক মহীথেন ও কৌএ। লেমনা নাইনা থোকএ লেমথোকও থোননৈএ *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*হিদেন অশাংবা অমদি মোইরাংদা লৈবা পেরুকআ কৌবনা হি হোন্দুনা চৎপদা হি থাংলম্মী হায়বদগী মফম অদুবু পেরুক হিদেন কৌখি। য়াম্না লেম্না নীংথিনা থোকই হায়বদগী লেমথোক থোনখি।*

## লেমথোংথিংখুবা লৌসনলান

লানলোই মখলমাদি। লেমথোং লৈশাংথৌ অখুবা কাওরেল মসলচানা কোরৌ নুমিৎ খুদিং তুরেল মোংবা য়িবু ফৈনা সমখিএ। লেমথোং থিংখুবা লৌসন লান ও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## লেমলৈলৌ

হাওরৈখানা পাংপারমকী সারেং সমসাংপী ঙারেন কোকপাকপীচানা নোংনেম লাইনা লয়খৎলকএ। লাইরেল লেমলৈরৌও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## লেংকেল মতমপাক

লেংকেল মতমপাকও কৌপাতি। মায়িম থোংনাং তখেন মনিল নাইপানা পোইরৈ তমতা তাকে য়িলতাললকপাতা। থোংনাং মখোয়কী লুপা পেরে নুংচালপাপু লাইচা য়িতা তানা মাঙলাপাকী। থৌতু নুঙয়াম পৈ লাইচা য়িপু থিংনা থিরময়ে। মায়িম লোইপী মারেমনা মাঙলাপাপু কেলও লাইচা য়িসিংথিংপাপু রেং-ও কৌয়ে। অতুনোংকীপু রেংকেল মতমপাকও তৌনা কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## লেংখু

লোইমোম ফৌওইবী খোইনৌ মতা মরিমক্না অসাইঙে তুবি অঙনবা লাইরেল অরেম্বনা উগনে হায়না খুনা লোম্না চৎখিয়ে। অদুনোংগীবু লেংখু-ও থোম্নরময়ে। *(ফৌওইবী ব্লারোল)*

## লেংলেন

নোংপোক ঙমথংনা ব্রায়রং মদাইমা লেংলেন লম্মচুম কৌবদি। খোইমোম লাইরেম্মা লোইমোম ফৌওইবী মতা তরুকমানা লেংনা ফাইনা চৎলময়ে লেংলেন-ও কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## লেংলেন তাপঙঈ

নোংপোক ঙমথংনা ব্রায়রং মদাইমা লেংখু লম্মপাক লেংলেন লম্মচুম ব্রায়রং ককময়াইদা। মৈতেংঙু থব্রানথাবা মদাইরেম খাংখা নুংহকপনা ব্রায়রং খারায়কেল তেংলৈ পন্দাইওন লারাক খাঙতৈথোম মৈহুৎ নোংলোন-কা মৈরি পোললনাথেম চিনলেন মায়কোইলৈ খাঙলা পোলথিংয়েনা নোইনু চাসু তালবদা। লাহল্লোং লাইরেল মৈতেংঙুনা অব্রাং কৌবা ইরোংপাভা লেমলৈ ঙাতানোং। লাইরেল তেল্লোঙ মখুৎশু ঙাতেল লোঙয়াইখুববু ফামনা নোইথেক নোংগীবু ব্রাকাওদনা। ইদাইরেম অনংফিহাইরোই মচেঙ কাইরৈ য়েন্দাললোয়শিংও। তাইয়ম খাংখা নুংহকপবু ব্রায়রং খুরায়কেল তেংলৈ-পন্দাই ওনখিবনে পাওকৌখৎলুও হায়না থৌশীখিয়ে। মৈতেংঙু মদাইরেম মচেঙ য়েন্দাল্লোয় অনং ফি হাইরোইশিংনা। য়াম্মা খাংখা নুংহকপাও নংবু লাইরেল মৈতেংঙুনা শাবল লালথোঙশিন কংলা লাইব্রা পরিং তম্মন্নসে নরান য়াঙনা ব্রাইওঙলকও হায়য়ে হায়না পাওমেলববু। মৈতেংঙু মদাইরেম খাংখা নুংহকপনা লাইরেল মৈতেংঙুনা লাহল অব্রাংকৌবা ঈরোংপাভা লেমলৈ ঙাতানোংদা। লাইরেল তেল্লোঙ মখুৎশু ঙাতেল লোঙয়াইখুববু ফামনা নোইথেকনোংগীবু ব্রাকাউদবানরিঙৈনে অসি নিঙখনলবগী। মরৌলৌনাহৈনা পাওখুমখিয়ে। মৈতেংঙু মদাইরেম অনংফিহাইরোই মচেঙ কাইরৈ য়েন্দাল্লোয়শিংও লাইরেল মৈতেংঙুদা পাওমেল্লু-ও। নদাইরেম খুমন নাওশুম হকচাওচা লেংলেন খুৎলুমহনববু শেংগম ঙাকলৌয়ুংনা পরৈ লালশাঙামগে। কোরৌ নুমিৎ মঙানিশুরবগা লাইরেল মৈতেংঙুবু হুয়েল লান্দাল থুরকও হায়না নাওতু খুৎপায়শা থুমতুপ মৈরোঙশেমনা থোলওঙখৎলকয়ে। খাংখা নুংহকপদি খোয়পুঙ মরৌ চাওনা শংলৌ থৌরোংখিয়ে। পাথৌ খুমল নাওশুম হকচাওচা-ও ইপিঙঙা তরা চাকৌনা ব্রাংলৈ য়ুকৌনসে। ঐবু কোরৌ অসি নুমিৎমদা ব্রায়রা নশাশা হুয়েল নরানশানা শেংগম ঙাকলৌয়ুং পরৈলানগা শানা ঐবু তরা চাকৌজও হায়রবদা পরৈলানগা শানা তরা চাকৌনখিয়ে। হুয়েং কোরৌ নুমিৎ মঙানি শুরবদা পাথৌ নংবু শেংগম ঙাকলৌয়ুং পরৈলানগা শা হুয়েল ইরান ওইনা ঐতরা চাকৌজগে হায়না লাইরেল মৈতেংঙুবু নোংহামলিঙৈদা। লাইরেল মৈতেংঙুসুঙ মদাইরেম অনংফিহাইরোই মচেঙ কাইরৈ য়েন্দাল্লোয়না ব্রাকৎখোনগী কোরৌ নুমিৎ মঙানি শুরবদা লেংলেন ককময়াইদা হুয়েল লান্দাখিয়ে। মদাইরেম খাংখা নুংহকপনা খুমন নাওশুম হকচাওচাবু শেংগম ঙাক্লৌয়ুংনা হুয়েল লালশাঙাম্ববু। মৈতেংঙুনা লুরক খাঙদৈথি থৌনাও লোনথোঙ লেনলে। মারোয়্‌আতেঙারাশু ব্রায়রংশিঙকমহনবগা মারোয় হাওরা নুঙতেকচা চেংলৈ ইনাহনবগা অনিমনা। খুমন নাওশুম হকচাওচা লেংলেন খুৎলুমহনবাও করম পঙনা শিরবনো কল্লকয়ে হায়না খোইমা নারোম্নুংদা কোরৌথোইনা য়েংব্রাংবলপাংনা য়েংনা মীকপলম। অদুনোংগীবু লেংলেন তাপঙঈ খাংখা নুংহকপা লুশিলখোং খুমন নাওশুম হকচাওচা লুথোকখোংও কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*নোংপোক ঙমথংনা - নোংপোক্কী লমগা থংননা। ব্রায়রংমদাইমা - নোংপোক লমদম। খারায়কেল - থরাই শেম্বা। তেংলৈ-থুম। পন্দাইওন-পনশেম্বা। লারাক-লফু লা। খাঙতৈথোম - ময়ায়দা হাপ্পা।*

*মৈহুং নোংলোন কা- মৈখু নোংথক্তা কাবা। মৈরিপোলনা থেম-মৈগী শরুকনা ফাজিন্দুনা থম্বা, মৈ থাবা। চিনলেন মায়কোইলৈ - মমায়কোয়না থমবা। খাওলাপোলথিংয়েনা - পোম্লাংদা খাওলা মনা থাদুনা হাম্পা। নোইনু চাসু তালবদা - থুম শুংবদা। ঙাতানোং - ঙা ফাবা নুমিংতা। লাইরেল - মৈতে নিংথৌ। তেম্লোঙমখুংশু - খুংশু তা। ফামনা নোইথেকনোংগীবু - নোইথেক থুদেকপগীবু। ব্লাকাওদনা -কাওথোক্তনা। অনংফিছাইরোই-খোঙলোয়। মচেগু কাইরে য়েন্দালনোয়শিংও - খোঙলোয়শিং। য়াম্মা - ইয়াম্বা। শাবল লালথোঙশিন- লালগী লালওং শিনবা। কংলা লাইব্রা পরিং তম্মম্সে-কোনুংদা অচুম্বা বিচার তৌমিম্নসে। নরান য়াওনা ব্লাইওঙলকও - নয়ুমদা থুনা কারকও। খুংলুমহনববু - ঙা ফাবা মকোকপু। শেংগম ঙাকলৌয়ুংনা - উ কারেং য়ুংদুনা। পরে লালশাঙামগে - ফারগা পুন্দুনা থম্নমগে। থুমতুপ মৈরোঙশেমনা - থুমপাক শেমদুনা। থোলওওখংলকয়ে - পিশংলকই, হাপ্লকই। খোয়পুঙ মরৌচাওনা-মরৌতৌনা। শংলৌ খৌরাংখিয়ে-থৌরাং তৌজখি। পাথৌ-মরুপ। ইপিঙঙা - ঐখোয় অনী। তরা চাকৌনা - চাক কৌদুনা। অসি নুমিংমদা - ঙসিগী নুমিত্তা, নুমিং অমদা। ব্রায়বা নশাশা হুয়েন নরান শানা - নঙনা ফাবা শা শানা, নঙনা লান্দঙম্বা শানা। নোংহামলিঙৈদ-ঙাইরিঙৈদা। খোইমা নারোম্নুংদা-নাপী মরক্তা, মোংশোং মনুংদা।*

## লৈকোই

লাইনিংথৌ অসীবনা কংলৈ ফম্বাল মুম্নঙৈগী। মালেম লৈরেন হনবীনা মপারি খোম্মদোন পাখংবদা থৌইনশিনখিবগী। য়াইবী মনুংহৌনা কোরৌ নোংলাংপান্দ কোরৌ নোংকারুবদা। কুরুনা ব্রাংনা কোইনা য়েংবদা চেংলৌ শক উঙমদবগীবু। মালেম লৈরেনহনবীনা থেমনা নৌনা কোরৌ নোংলাংপান্দগী কৌথবদা। অসীবনা কুমলকপা মফমবু লৈকোই কৌই। *(ব্রাংব্রেন খুনকুমলোন)*

## লৈকোয়পুঙ

(১) কেগে লৈকোয়পুঙ খোইয়ম মাঙলৌতাক সাংতোল লৈনাউ তাও কৌবদি কদৌনোংগীনো। অব্রাং নোংমদোনদগী চিঙঙু নোংথৌ সরারেল আব্রাং ফাকঙ য়োয়রেনবনা মপারি নিংথৌ খোয়রি ফাববু চেংলৌ সকউনগে লারকয়ে। পলথৌ চেংলৌ সকখঙহালদনা কোয়না কোয়না লোৎলে লৈকোয়পুঙও কৌয়ে। খোইয়ম লাইসক ওননা মাঙলে মাঙলৌতাকও কৌয়ে। খোইয়ম লাইয়িংথৌবু লাইজ ঈনৌকাকুম সংনা লৈঙামমে সংতোন লৈনাওতা সাংপা লৈকোয়পুঙও তৌনা কৌয়ে।

*(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

(২) নোংয়াই লমকোয়পুঙব্রো কৌপাতি কতৌনোংকিনো। ময়িম নোংয়াই মনিন নাইপাপু কোরৌহননা কাং কুমপি য়ামচেং নীকলপাকী। অমু নোংকাপামপানা কোরৌ নোংতাকানা লাইচা য়িনীরুঙৈ। চীংঙু নোংথৌ সোরারেল অব্রাং পাখংয়োইরেনপানা। লাইচা য়িথোঙ ফাংনা ব্রাকয়ৈ মখুনেৎ তোংচেং হিয়াঙকোকমাকা। খুমু নৌরোঙমাকাপু লাইচা য়িরাননানা ফেনথপিরকয়ে। মলুমপী অরাইলৈমা চীংঙু ব্রাংপল চনুনা মরান কংলৈ মসুমাঙতা লোকলৌ পাকোনসানা লাইচা য়িখাইরাপাতা। নোংয়াই খাথানা খুমন লাইথানানা অব্রাংপাখং য়োইরেনপাকী ব্রাকয়ৈ মখুনেৎপু কতায়লমতা তাখিপানো হায়না কোয়না কোয়না য়েংখিয়ে। অতুনোংকিপু নোংয়াই লয়কোয়পুঙব্রো তৌনা কৌয়ে।

*(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*নোংয়াই লৈকোয়পুঙ করিদগী কৌবনো হায়বদি। খুমন লমদি নোং তাদদুনা ব্লারবদা অমু নোংকাপাঙ্গনা নোং তানবা সোরারেনবু ঈরাং থৌনিজে। লাইনিংথৌ সোরারেম্না পেল্লদুনা নোং চুহল্লকপগা লোয়ননা মাগী খোঙনেং হিগা নৌগা থাদপিরকই। মতম অসিদা সোরারেনগী নুপী অরাইলৈমসু খুমনগী শুমাঙদা কুমলক্লুনা লোক্তী ঈরম খায়বগুম ঈশিং ঈরম শেম্ভীরে। খুমন মীয়াম্না সোরারেনগী খোঙনেংহিবু কদায়দা তাখিবনো হায়না কোয়না কোয়না য়েংনখি। নুমিৎ অদুদগী মফম অসিবু নোংয়াই লয়কোয়পুঙ কৌখি।*

## লৈকোইপোং

লাইয়িংথৌ থোইরিফাবনা মপল চেংলৌ শক উহল্লোই হায়বগী কোইনা কোইনা লোৎলময়ে হায়বগী লৈকোইপোংও কৌয়ে। *(মোইরাং লম্মীংলোন )*

## লৈখামপোক

(১) মোংপা তুথুপমাতি। ঙাংঙোই য়োইমোংপানা মোংপা তুতেংঙৈতা কৌপা লোকলাং খামপু পোকলমএ। অতুনোংকিপু লৈখামপোকও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা )*

(২) হাওরৈ লাইনা পাংবরম কৌবা লৈখামপোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো। ইংলেন নুরাবী লৈমা য়াংতৌ অতাউবীনা থোয়মা লাংখোঙপায়না নাউপেংববু। মপারি কোনকুম লীককুমবা কৌবা লৈখাম মানবা খাঙনৌববু পোকলময়ে হায়না তাকলময়ে। অদুনোংগীবু কৌবা লৈখামপোকও কৌয়ে।
*(নিংথৌরোল লম্বুবা )*

*থোয়মা লাংখোঙপায়না - নাপী পান্দোং পায়না। নাউপেংববু - মচা পোকপবু।*

## লৈঙাঙ পন্দোন

মৈতৈ নিংথৌ য়োয়রেন তোমপোকপগা লৈমা য়োয়রেন তোনপোকপীগা অনিমা ঙাঙনা ঙাঙনা পাল্লমএ। অদুগী লৈঙাঙ পন্দোন কৌএ। থংনা থংনা পক্লরে ছিপু থংবি কৌএ। *(থাঙ লম্মীংলোন)*

*য়োয়রেন তোমপোকপা - খৃ: ১৩০২-১৩২৪ দা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ থংবি লাম্বুবনি। মৈদিংঙু থংবি লাম্বুবনা ইব্রাংলোন লৈমা য়োইরেন তোমপোকপীগা লৈমখুবী নিংথৌ তোরাচনুগা য়ুমখু চনুগা য়াঙোইশুগা থোংবম চনুগা লৈমা থংদাগা তরুকমা পামদুনা য়োইরেন তোমপোকপীনা খুমোম্বা পুমিংনবা পোকএ। নিংথৌ তোরা চনুনা সনা ইল্লেন খানবা পোকএ। য়াঙোইসুনা সনারেম্বা পোকএ। থোংবম চনুনা লোইজাঙম্বা পোকএ। য়ুমখু চনুনা ক্লাকপা থরাম্বাবা পোকএ। লৈমা থংদানা খোনৌবা পোকএ। লৈমা য়োয়রেন তোনপোকপী - মোইরাং নিংথৌ চীংখু তেলহৈবগী মচানুপীনি।*

## লৈতাঙ ইমোইকোন লাল্লোই পাওবীতেক

লংবা মাইবোমবা তারা চাব্রানবানা তারা চাব্রানববু ব্রাকয়ে খোঙওইনা তোজেংপালোইনা। কাওরেল শলকোকপু খুম্না লংবা য়াই মাইবোম য়াইবু তৈনা মরৌ খোইবুঙ লৌগচাওনা। তিংঙিগুম লৌগা ওম্না খারাগুম মীবুকহনা তারা চাব্রানলকপবু মাচল খাবী সোকচোকপা চনুবু লৈরময়ে। হে ইচন

খাবীও কাওরেল ইশলচাদি তারা চাশিন্নসে হায়না পাওমেনববু নাতারাবগী। ইবুং লংমাই লংবা মাইবোমবা-ও কাওরেল নশলচাদি শঙগোই অব্রাং লাইনা পাংবদা কিরমএ। তারা ঐগী চামায়োনসু শমুখুৎনা ফংনা পেকচাখো হায়বগী কাওরেল মশলচাদি কিরম্রে। তারা ফৌ ময়োনবু ব্রাকয়ে হিপুকথম্না পেকচরদনা ব্রাকয়ে হিহোনথরক্রে। লংবা লমদাং কুমথরবদা লংবা য়াইবু য়াইমুৎলে মাইবোম য়াইশিরবগী কাওরেল শল লুকংবু ওইরে। খাবী অঙাওবীদি য়াইবী কলহৌনিক থাঙচা মতমবাল তিল্লাংমখোই শাওনা লংবা অব্রা লৈখা তাহনগে হায়বগীবু মালং অয়াংবা খমগোল মথি নাইববু পাও কৌরে। মালং মথিনাই খমগোল মরাঙহৌরবগী লাইজ ঈথকচাও খমুংমরাঙহৌরবগী ব্রাকয়ে মহিচাবু লাইজ ঈরোম্নুংদা লাক্রে। চিংঙু করম্বনা খোকলৌ ঙম্বল্লবনো হায়না লাইজ ঈরোম্নুংদা লংবা মাইবোম্বা লাইজ ঈরোম্নুংদা চোংথরবগা লাইজ ঈবু থক্রে। খুরায় উনা থক্রে খুরায় তাংহু-ও কৌএ। খুনম উনা তাঙনা থক্রে খুনমতাঙও কৌয়ে। লৈপাক উনা তাঙনা থক্রে লাইতাঙ-ও কৌয়ে। কোমচি পাংমদা থৈজিল্লে লাইথৈপাংও কৌয়ে। মমাই পাংমদা শিরে লাইশিপাং-ও কৌয়ে। পুন্রে লাইপুম পাংও কৌয়ে। পংলে লাইপংপাংও কৌয়ে। লাইঙৌ শঙসুং অমা শা লাইয়ু শঙসুং অমা শা লাল ওইনা মতেক মতেক থোক্লা হাংলে। অদুনোংগীবু লৈতাঙ ইমোইকোন লাল্লোই পাওবীতেকও কৌয়ে।

*(লাইহাংলোন)*

## লৈতাঙ খুলৈতাং

লয়তাঙ খুনলৈতাঙব্রো কৌপাতি কতৌনোংকিনো। সামন কোনথৌচামপা সারা ব্রাইরৌপামপানা সেলোই লংমাইনিংথৌচনু সেংকোইনু সাফাপী থব্রা নুরৈসংচুনপীতা থব্রা নুয়িনঙে। নোংয়াইচা পাখং অতেংপাশিংনা সামন কোনথৌচামপাপু লাংপল উয়ুং সীংসঙ সুকনা চয়পিরাপাকী সারা ব্রায়রৌ পামপাতি লাইচা য়িপাকথকতা নোংমললে। কোরৌ নুমিৎ মঙানি সুরাপাকা লাইচা য়িরোননুংতাকী সমু মখুতোম্না হাম্না লাইচা য়িফাওরকপাপু তাকনা খাইনা উরে। অতুনোংগীপু লয়তাঙ খুলৈতাংব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*লৈতাঙ খুলৈতাঙ কৌখিবদি শামন কোনথৌচামবনা নোংমাইজিংনিংথৌ মচানুপী শেংগোইনু শাফবী থব্রাননু লৈসংচুনবীদা য়াওংইম্লিঙে খুমনগী অখম্নবা পাখংশিংনা শামন কোনথৌচাম্ববু লাংবনথাগী উয়ুং শুকনা য়ৈবদগী সারা ব্রাইরৌপাম্বদি ঈশিংদা শিরে। নুমিৎ মঙানি শুরগা ঈশিং মনুংদগী মখুং খুদোম্না হাম্না ফাওরকপবু তাকনা খাইনা উরে। মরম অদুদগী লৈতাঙ খুলৈতাং কৌই।*

## লৈতোংবা শোয়

লংমাই মদাইমদি শীংলেন লৈমিংনবা লংমাই লৈতোংবা খোংলেন হেমদৌয়াইও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লংমাই লৈতোংবনা য়ামলা খোংফৈ চিরোনচন শীংঙুৎ নাচুংয়ে খারায় চাংদোন খন শোয়রেন খনফকলৌ লুফুই নামথুমনা লেমলৈ অকাববু নানমএ ব্রানজেংঅকুম্ববু থৌখামএ। অদুনোংগীবু লংমাই লৈতোংবা শোয়ও তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

*নোংমাইজিংগী লমদম অমবু লৈগী মমিংলৌদুনা লংমাই লৈতোংবা খোংলেন হেমদৌয়াই কৌবদি করিদগীনো। লংমাই লৈতোংবনা শোয় শেমদুনা লু থুম্বদা ঙা অকা অকুম্ববু ফাই হায়বগীদমক লংমাই*

*লৈতোংবা শোয় কৌখ।*

## লৈতৌ লীকফুমলেন

পুমলেন থোনখিবদা য়েংবীয়ু।

## লৈরিপাসিনা

কেকে মোইরাং লয়রীপানা মোংপা খোইসোনপা তুসাং হিনামপাতা হাঙলে। লয়রিপাসিনা-ও তৌনা কৌএ। (তোরৈরোল লম্বুবা)

## লৈয়ুসঙ

কংলৈ মদাইমদি অঙৌবা সেনবী কিয়াম্বনা মৈতেংঙু নোংয়িনফাববু নাউয়োকনঙেদা। মৈতৈ লৈমা খয়োইরোন চংনিংফাবীনা অঙৌবা সেনবী কিয়াম্ববু। তরা চাকমাংদা ব্রাংলৈ য়ুমাংদবনে হায়না। পুকয়ু সঙবু অমাসা লয়য়ু সঙ অমবু সাবিএ। সাবি ঙাইবা য়ুকৌসঙ সানৌ ঙাইবা লৈয়ুসঙও তৌনা কৌএ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*অঙৌবা সেনবী কিয়াম্বা- অঙোম নিংথৌ কিয়াম্বা। মৈতেংঙু নোংয়িনফাবা- মৈদিংঙু লমকাম্বনা (খৃ: ১৫১২-১৫২৩) খয়োইরোন চংনিংফাবী পাম্নদুনা পোকপনি। মৈদিংঙু নোংইনফাবা খৃ: ১৫২৩-১৫২৪ ফাওবা পাল্লম্মী। মচা পোক্লমদে। চৈথারোল কুম্বাবা- "লৈচোন আখাগী কুম শক ১৪৪৬ তা নোংইনফাবগী মমাবু অঙৌপাম্বা ক্যাম্বনা ব্লোংনৈএ। অঙৌপাম্বা ক্যাম্বনা উরেকশেক চাশংবা চিনববু মৈতৈরৈমা চংনিংফাবীনা নয়ুম অঙোমদি চিন্দবনে হায়না খুমখিএ। অঙৌপাম্বা ক্যাম্বনা তাথিদুনা নোংইনফাবা মমা মচাবু হাৎএ। অকাকুমদা শিএ। চহি ১ পাল্লমএ।"*

## লৈনারেক

লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবগা মশানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাংগা মোংবা শায়া কোৎচংনবা ব্রাইরা শাদাল্লকপদা। য়োইময়াইনা মতাংথেং অঙানবনা থোঙলেন খম্নবগী লৈনা লেক্লময়ে। লমলেন লৈনারেকও তৌনা কৌয়ে। *(ভুতেংলোন)*

## লৈমাখোং

(১) লৈমাখোং কৌবদি লাইরুরা তরেৎমানা মপাইবুংঙো তাওরোইনাইবু থিরকপদা লৈরম্মে। অদুগীবু লৈমাখোং কৌয়ে। *(লম্মীংলোন)*

(২) লাইব নহা উঙাম থাবনা লাইজ ইচেল মতুংইন্না উঙাম চিংলকপদা য়োইবু লৈমা খয়োইনিংবীনা ইনফুই মাইরংসোন, হঙ্গেন তাইখংলাক, পৌরা মাইরুপ চল, লাইজ ইপুক কাপ, তিললাং হাইশিৎননা, লেমলৈ ঙাচোপ থেমলম্মী। ঈশিংনা উঙাম চিংলকপগী লাইজ ইথিল ইপোম হৌবনা লেমলৈ ঙাতাবা য়াদ্রে হায়না লাইবা নহা উঙামথাববু অথিবা য়াব্রা কোলোইনা চৈরম্মী। লাইবা নহা উঙামথাবনা অথিবা কোলোই তাবদা পায়মা তকলৌ শিদংশোম্না য়োইবু লৈমা খয়োইনিংবীগী মখুদাং পায়দুনা

চিংবদা য়োইবু লৈমা খয়োইনিংবীনা খোংনা লাউনা কপলম্মী হায়বগী মফম অদু লৈমখোং কৌনখি।
*(লম্মীংলোন)*

## লৈমতাক

(১) হোইদোম চনু লৈমা লাংহৈথোইবীনা মদুনিংথৌ হোইদোম শেলব নহা শিরে হায়না পাউ তাবদা মফম কদায়দা শিরিবনো হায়না মদুনিংথৌগী মার মখোঙ্গুল লিরম্মী। য়াংলৌ লমখাংদা অহল ওইবনা চৈশু পায়রবী খোইরিখোম্বা নীঙোল সুচানা হোইদোমদা হায়রম্মী। " ইবেম্মা ! নদু হোইদোমশেলবা নহানা নোংমলবা চীংদি মাংদা উরিবা লোইবী চাপং লাকথিললম, চাপং নিংথৌ হাওরেং লানমিংনাই, ক্বাকলান লোইম্বু ফাবা মচীংলেন লোইবী চীংখৌচীং অসিদানে " হায়না শমু মখুৎনা থিন্দুনা লৈমা লাংহৈথোইবীদা তাক্লম্মী হায়বদগী মফম অদু লৈমতাক কৌনখি। *(লম্মীংলোন)*

(২) হাওরৈ নোংচুপ খানা পাংবরম লমলেন লোনলোই লৈমতাক মেলতোং নুংকাইচীঙও কৌবদি কদৌনোংগীনো। হোইতোম চনু লাংহৈথোইবী অসেম কন্না নাপ্পা কাংবী অসা কন্নাচেংলৌ মিৎথোংলোনবীনা। হে ইদু নিংথৌ চৈশুঅখন লম্বু থারবা খোইরিখোম্বা নিংঙোল সুচা-ও ইদু হোইতোম সেলবা নাহা নোংমলচীঙবু কদাইনো হায়না পাওহংববু লম্বু থারবা খোইরিখোম্বা নিংঙোল সুচানা পাওখুমখিয়ে। হে ইমোম চাপং মরৈমাবীও নদু হোইতোম সেনবা নাহানা নোংমনবা চীঙদি লোইবী চাপং নাকথিনথংহেম্বা লোইকৌ চীঙ খ্বা লাল্লোই মপুংফাবা মচীঙসাং লোইবী সিকৌচীঙ হেম্বা কাইরমথেল অসিনে হায়না সমু খুৎপু থিন্না পাওতাক্লময়ে। অদুনোংগীবু লমলেন লোনলোই লৈমতাক-ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*নোংচুপগী খাথংবা লম অমবু লৈমতাক কৌখিবদি করিদগীনো। হোইতোম নিঙোল লাংহৈথোইবী অহল ওইরবীনা হায়রকই। হো পাঙ্গন থৌনা লৈবা খোইরিখোম্বা নিঙোল সুচা কৌবা ইবুঙো। ইম্বা হোইতোম সেনবা নাহানা শিখিবা মফমবু কদাইদনো। হো ইচে চাপংখুনগী মবেম্মা, নখা হোইতোম সেনবা নাহানা শিখিবা চীংদি, চাপং খুনগা নক্লবা লোইপোৎ খোমফম, য়োংয়াম লৈফম চীংসাং চীংগী মমিংদি শিকৌচীং কৌবা চীংমীশিংগী থেন অসিনি হায়না খুৎথিন্না তাক্লম্মী। নুমিৎ অদুদগী মফম অদুবু লৈমতাক কৌখি।*

## লৈমাচিঙ

(১) মৈদিংঙু গরিবনিৱাজনা পানবা মতমদগী নিংথৌবু লাইয়িংথৌ কৌনরম্বা তোকতুনা মহারাজ কৌরে। শান্তিদাসপু গুরু স্বামিজি কৌদুনা লৈমা পিদুনা ময়ুম মকে শাদুনা লৈহল্লে। মহাক্না লৈরম্বা মফম্বু লৈমাচিঙ কৌখি। *(লাংদাই লাংওন)*

(২) সান্তদাস গুরু লাইওইবদি লমলেন নোংপোক মদাইমা মৈতেংঙুচা লিনপাল য়োইনাওহল নাওহল অহলবা চংবী মাকৈরেন। মারৌ থংপি লিলচঙৱাই খারা উরোংচেপথেৎলৌ মারোই কাঙফৈ মলনাৱাইবু পুক্লীং লাংপাম থোইবগী। বৈষ্ণব মারান লোনয়ুম সেম কোরৌ নোংশীং য়াম্না লৈরমলাবগা। লমলেন সেল্লোই ঙমথংনা লংমাই মচীংলেনবু নাতৈম্না চীংলেন মমায় হুইথবদা। চীংমাই মতোলফাই মালেম লৈমাইতেমনা কোনলোই সঙ্গোইসা মালতোপ চাওকোইলিং আখারা মফম শেম্না হোংজিল্লে।

খোইমোম লাইসঙসানা চিঙ্ঙু রঘু রাম সিঙ্গবণী লাইনীংমহৌসাবু খাখোকতা নুংঙাই মখোইতোংনা পালকরে হায়ব্দবরা। লাইরেল মৈতেংঙুনা মমোম তম পারাংঙ্ম্রোন তুবি চীংলাইলৈমা লাইরেল কাচেংঙালবা চনু খরোইরোন সৈত্যমালা লিনকোইনী শ্রী চমপাকলা শীংলেন কুসুমলৈকুমধীবু। গুরু সনাখোঙখাদা য়োয়না খৌখলনসুনো হায়না রাংঙম সমু খুৎতাসম ললউন মণীং রাত্তনা কৎচরে হায়ব্দবরা। আখারা মমিংখোংসুঙ রাংঙমলোন লৈমাচিঙ-ও খোয়ারে। *(সনামহি লাইকন)*

*মোংবহনবা ( মহাবলী ) মমাঙদা লৈবা উকোংপাৎপু রাংঙম্রোন চমপাকলাদা অওং অউন তম্রী। পাৎ অসি মমৈখংদদি গুরুপাং হায়নসু খঙনখি।*

## লৈমারান

মৈতিংঙু পোইরে খুনচাউপানা কিয়োং য়িমচঙ রানঙৈতা। মসানৌ চিনফুরোল থাংঘি চেংলৈসু চেংলৈ অসৈনা রাংকোল তেংখানণী। খিংপা লোইচনণা মরাম লোইহাপা চনু। সনকু খোঙখাংনানা নারুম নেৎচৎয়ানণী হাউনু লৈচোননু সাফণীপু কায়না হুনণীকা। মমোম তমফা রাংঙমলোন খুরাইলৈমা সনাখোনণীকা। লৈমা মচন মনিম অনিমানা সমু পালোইনানা রাকয়ে অনী খাচিকনানা তোংচেং লেংকাইচননা লাইচা য়িরালনমএ। লমলেন লৈমারান-ও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লমুবা)*

*পোইরে খুনচাউবা- মৈতৈ নিংথৌ খুম্রাওবা(খৃ: ১৬৫২-১৬৬৬)। কিয়োং- ফুরা, লাইশঙ। য়িমচঙ রানঙৈতা- মুমলক্তা লালতৌঙৈদা। চিনফুরোন- শরাং লৈশাংখেম, হাওরোক কোম্রৌ, চিঙঙাখম নিঙোন। রাংকোল- চাবোকশঙ। সনকু খোঙখাংনানা- সনকু কৌবা লমদা মখোঙনা চতুনা। নারুম নেৎচৎয়ানবী- নারুম কৌবা লমু চাইখাই থুগায়বা য়াওবী। কায়না হুনণীকা- লান্দা ওম্রীগা। খুরাইলৈমা- মৈতৈ নিংথৌগী মচানুপী তমফা সনানা অঙোম নিংথৌ দা ওংববু খুরাই লৈমা হায়না শৈথানৈ। মনিম- মনম্মা। সমু পালোইনানা- খুৎপায়রণা চৎমিন্নবা। রাকয়ে অনী খাচিকনানা- হি অনী খরাংননা। তোংচেংলেংকাই চননা- হি অনী চপ মান্নবা। য়িরালনমএ- ঈশিং লাম্নম্মী।*

## লৈশাংখোং

(১) লৈতাংদা লৈরম্বদি খোইবু লৈশাংবনা তারময়ে হায়বণী মিংলৌদুনা লৈশাংখোং কৌয়ে।

*(মিয়াৎ লারৈ লাথুপ)*

(২) মোংপা মতাইমতি । নোংয়াই লৈসাংখোংও কৌপাতি। লৈসাপামপা মোইপা ফাপানা খোংমা তৌএ। লমলেন লৈসাংখোংও কৌয়ে। *(তোরৈরোল লমুবা)*

(৩) মৈতৈগী লৈশাপাম্বা অথৌবনা লেমলৈ ঙায়োক্কে হায়দুনা মতম য়াম্না চংনা খোং অমা তৌরম্মী। লৈশাপাম্বনা তৌবা খোংনি হায়দুনা মাগী মমিং লৌদুনা লৈশাখোং হায়বদণী মফম অদু লৈশাংখোং কৌনখি। *( লম্মীংলোন )*

## লৈশাং হিথেন

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা কক্ষিপুরদা পানবা মতমদা পোইরে লৈপাক পুম্না তিন্না তুখুন মালেম লৈতৌএ। তুতৌখোং মমিংদি লৈশাং হিথেনও কৌএ। লোইদাম কুমওল্লবা খুদিংদা পোইরে খুঞ্জা নাইজা তিন

লৈকাই খুনচেল মরিমা হৌনা হিয়াং কুমৈ শাম্লেএ। *(শামু কাবা)*

## লৈশেৎ চীংলাংমৈ/মায়াং কোইফোইচিঙ

লৈনুংচাথা খোঙচোম্বীনা লাইনিংথৌ পোংনাওতোনগা অনিমক্না তিয়দুনা পুনুংহন্নাই থাংপাক থারে। শগোল সামতোন অয়াংবনা হন্নাই মরী নেংথংলে। পোংনাওতোন লৌথিবনা কনচাওরবগীদমক লৈকাপগী লাং থাকয়ে। সামতোন অয়াংবা থুরে। পোংনাওতোল্লা হাওমূক্লা লেংফাইচল মোংপা থুরৌ তাচিন য়েংনরে অনীমক ঙম্নদরে। লাইরৈমা চাথা খোঙচোম্বীনা ৱাকনলে। সামাতোন অয়াঙবগী লাংচেং কোংমাসু (লাংচেং কোকথেৎসু) সেংথোক্রে। লৈশেৎ চীংলাংমৈ কৌএ। মকোই মরাং ফোইতোকলে মায়াং কোইফোইচীং কৌএ। *(লৈথক লৈখারোন)*

## লোইখোং ৱারোইচীং

লংমাই মদাইমদি লোইখোং ৱারোইচীংও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নুংবান কাইবি ৱাশৌবা লুৱাং শল্লাই অহোংবনা পোইরৈ খুনগুমগে ৱাংঙম খুন্দাগে হায়বগী নুংবান মপাচা লুৱাং ময়েন্নবু লোইনা সুনা হায়নরম্মে। অদুনোংগীবু নুংবান কাইবি ৱাশৌবা লোইখোং ৱারোইচীংও তৌনা কৌএ।

লোইখোং খোনমরক্তি। লুৱাং লংমাইবা অয়াংচাম্বা লৈখাম ফাববু মনোং নোংশিং শুরবগী লীকলাং চোইনা কেন থবা ঙজোই তংলবগী শেল্লোয় মপালাৎ লংমাই মপু লাৎপবু থৌকাউরবগী। অঙৌপা পুরৈরোম্বনা নমু পোংবু ওইনা লুৱাং লংমাইবা নমু পোংনাও অপকপা শান্না মীয়োই অতোলবদা শেল্লোয় মপা লাৎ লংমাই মপুলাৎ ঈরাৎ লাইশোল লাথা শিঙথা পোৎয়াও চৈয়াও পুমনামাবু লোইনা শিননা তাকলমএ। অদুনোংগীবু লোইখোংও তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চীজোয়রোল)*

*নোংমাইজিংগী লমদম অমবু লোইখোং ৱারোইচীং কৌবদি করিগীনো। লুৱাং কাইবি ৱাশৌবা শল্লাই অহোংবনা মৈতৈ তমদা কুমদুনা খুন্দাগে হায়বগী লুৱাং কাংবুগী শাপৈ নাতৈ মপা মচাশিং লোয়না হায়রম্মী। মরম অদুগী নুংবান কাইবি ৱাশৌবা লোইখোং ৱারোইচীং কৌখি।*

*লোইখোংবু অমুকহয়া খোনবদি। লুৱাংগী মাইবা অয়াংচাম্বা লৈখাম ফাবা শিরবগী নোংমাইজিংদা লৈবা মপা মপু পোকপা লাইবু ইরাৎ থৌনি কাউরে। অঙোমগী পুরৈরোম্বনা মীগী মশক লৌরদুনা অঙাং ওইরিবা লুৱাংগী মাইবদা নোংমাইজিংদা লৈবা মপা মপু পোকপগী ইরাৎ থৌনি হৈথা লাথা পোৎয়াও চৈয়াওনচিংবা পুম্নমবু লোইনা শিন্নদুনা তাক্লম্মী। মরম অদুদগী লোইখোং কৌখি।*

## লোইজিং ফৌওইচীং

(১) য়াংমোম মহইলোইনাই লোইমোম ফৌওইবীগা। হাইনুলৈমা হাইমিংনবী চিৎনু লৈমা চিৎমিংনবী খোংচি নুংলাইবমচনু খোংচারোংবা মযোম্রোন লেয়লৈ ঙারা ঙাওইবী ৱাকচিং হাওকোলবম চনু নোইনু থুমওইবী নিংঙোল নুরাবীগা তোম্নবী কোল্লাংনুগা খোয়নৌ মতা তরুকমবু। লোইমোম ফৌওইবীনা খোইমোম ইতা মঙামা ও ঐখোয়দি খোংনাং ময়াং পাংসে হায়না লোইনা সুনা হায়নরময়ে। অদুনোংগীবু লোইচিঙ ফৌওইচিঙ থোম্নরময়ে। *(ফৌওইবী ৱারোল)*

(২) লোইবী ফৌওইচীং কৌপতি কতৌনোংকিনো। খোইমোম মহুইরোইনাই লোইমোম ফৌওইবী খোয়নৌ মতা তরুকমানা। থোংনাং করুক লয় ময়াংকাফালয়পু য়িনতাললাকপাতা। খোয়নৌ য়িখোয়পু ময়িম থোংনাংপাংসে হায়না সীংনা লোইনরমএ হায়পাকী। লোইচীং ব্রারোই চীংও কৌপাপু। পোইরৈতা ফাথিপানা লোইপী ফৌওই চীংও থোননৈএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*ফৌওইচীং কৌখিবদি। ফৌওইবী লাইরেম্বী মতারোইশিংগা লোয়ননা লাইরেম্বী তরুকনা ময়াং করুক কাফা য়ৌনবা চৎসি হায়না শীংনববু লোইনরম্মী হায়বগী লোইচীং ব্রারোইচীং কৌই। মৈতৈ শৈথবাশিংনা লোইবী ফৌওইচীং থোনখি।*

## লোইরেল স্নাপুঙ

লাইয়িংথৌ পাখংপনা ফম্বাল তোংদুনা পাল্লবদা খাবা নোংচেংবগা ব্রারোংনদুনা লাল শোক্লববু। খাবনা ঙমলদুনা খাবনা নিংথৌ ওইনা পাল্লে। লাইয়িংথৌ পাখংবদি মোইরাংগী লোইরেলদা থৈরে। পাখংবনা মোইরাংদা লৈরিঙৈদা হাথরম্বা ঈদি। মুংয়াংচাওবগা তাংক্র লুমইবগা অনীমা পোক্লম্মী। মদুগীদমক মোইরাংবু লোইরেল স্নাপুঙ থোনবনে। *(চকপা খুন্দারোল)*

*নোংদা লাইরেল পাখংবা খাবা নোংচেংবগা লাল তৌনবদা মাইথিরদুনা মোইরাংদা চেন্দুনা লোৎখি। পাখংবনা মোইরাংদা লৈরিঙৈদা মচানিপা মুংয়াংচাউবা তাংক্র লুমইবা অনী পোক্লম্মী। মদুগীদমক মোইরাংবু লোইরেল স্নাপুঙ থোল্লি। হাথরম্বা ঈদি- পোক্লম্বা মচাদি।*

## লোকচা খোং

তোরয় নমসাংমাতি। অতোন নোংয়াই লোকচা হাইপানা খোং তৌএ। লোকচা খোংও কৌএ।
*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## লোক্তাক

(১) য়ুমফাল কংলাদা নোংদা লাইরেল পাখংবনা অহানবা নিংথৌ ওইবা মতমদা খাবা নুংজেংবগা লাল শোক্লবদা পাখংবা খাঙবা য়াদ্রদুনা তাওরোইনাইগী চীরেন মথক্তা তোংদুনা লোইরেন সনাপুংদা খোক্তুমলকই। লোইরেন সনাপুং হায়বা অসি মোইরাং তম্পাকপু লোইরেন সনাপুং কৌরম্মী। পাখংবনা থাংজিং উনগে লাকপা অসি থাংজিংনা খঙলদুনা লংনগে নিংদুনা লোৎলে। লাইনিংথৌ নোংদা লাইরেন পাখংবা অসিসু খোইয়ুম লাইসু ওইবা নমু তাইবঙ মীসু ওইবনি। পাখংবনা থাংজিংবু থিবা খঙদ্রে। পাখংবনা থাংজিং কদাইদা চৎপ্রবনো হায়না ব্রাদুনা লৈরিঙৈদা। খোইয়ুম লাইপুন্নমক্লা পাখংবগী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রদুনা হায়রকই। হে পাখংবা থাংজিংদি লোক্তাক্তা লোত্নুনা লৈরে হায়না তাকই মাদুদগী লোক্তাক কৌই।

(২) অতোপ্পা ব্রারী অমনা - থাংজিং চীং অসি অহানবদা চা কৌবা মীশা চাবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। তাইবঙপান অসিদা হিংচাবা নিংথৌ অসিগী লানবা লৈরমদে। লাই পুন্নমক্লা হিংচাবা অসিগী মমাংদা খাংবা ঙম্লমদে। খোইয়ুম মাইকৈ ঙাকপা লাইশিংগা লোইননা অমসুং লাই পুন্নমক্লা হপ্পা হিংচাবগা হয়েল লালথেংনখিয়ে। ইঙাং পাক্তক্লা ইমু পামফেম্নরে। চা কৌবা হিংচাবা নিংথৌবু ঙম্মিনবা লৈতে।

লাই ময়াম্না মহাক্কী লান্মীশিংবু মশীং লাকগুমদনা হাৎলি অদুবু মহাক্কী লান্মীশিং অব্রাৎপা লৈরমদে। কুমশীং লখা অহম চুপ্না লানথেংনববু লাইশিংনসু গুমদ্রে হিংচাবশিংনসু গুমদ্রে। উপাল ব্রাপাল মপান মরা থৌবা অচৎপা চত্তবা অমসুং মথন্ত্রাই পানবা পুম্নমক লৈতরে। মখোইগী লান শোক্লফমদা লৈরিবা লৈবাক পুম্নমক কুৎথদুনা লেপ্পা ফাওবা য়াখিদ্রে। মফম অসিদ নত্তনা মালেম অপুম্বা মাগুবা তারে হায়না খোইয়ুম লাই পুম্নমক খম্নরে। শম্লোংনিংথৌ হায়বা লাই অসিনা ঐ য়েংগে হায়দুনা ব্রাই মগুা চাউবা নোংমৈনা হিংচাবগী তেঙ্গোন্দা কাপখিয়ে। মালেম লৈপাক অসি থক থক নিকখিয়ে অদুনসু শিবা গুমদ্রে। খোইয়ুম লাই পুম্নমক্কী তিমেন খুৎশু খুৎলাইশিং অসি পায়দুনা ছুয়েল লান্দাবদা মালেম লৈবাক মাগুনবা ওইরে হিংচাবদা করিসু তৌবা গুমদরে। চা হায়বা হিংচাবা নিংথৌ অসি হাৎপা গুমদ্রে। মতম অদুদা লাইনিংথৌ থাংজিং কোইরেম্বা তিমেন খুৎশু ওইনা পায়দুনা। (কোইরেন-চক্র) কোইরেন হায়রিবা খুৎলাই অসিনা চা কৌবা হিংচাবা নিংথৌ অসিবু মকোক কক্তুনা হাৎলে। মীশা চাবা হিংচাবগী কাগুলপ কাইদুনা চেল্লে। খোইয়ুম লাইশিংনা তান্দুনা হিংচাবশিংবু অমতা থাক্তনা হাৎলে। লাইশিংনা হিংচাবশিংবু অমতা থাক্তনা তাকনা হাৎখি হায়দুনা মফম অসি লোক্তাক হায়না কৌনখি। *(মোইরাং থাংজিং চীংগোই)*

(৩) মৈতৈগী লৈশাপাম্বা থৌগাইজাম্বা অথৌবগা মোইরাংগী লুম্বুসু অথৌবগা লম মুম্নবগী চায়নবদা কেকে লুম্বুসুনা তা হুনবদি লৈশাপাম্বা থৌগাইজাম্বদা পানবা গুমদরে। মৈতৈগী লৈশাপাম্বা থৌগাইজাম্বনা অমুকতা হুনবদি লুম্বুসুগী ফৈদা পাল্লে। লৈশাপাম্বনা " নং ঐগী ইরান ওইরবনিনা হাৎপা তারে। অদুগা নংনা হাৎপিগন্ হায়রবদি নমোম হাওজেং লাংমৈনুবী অদু অওং অউনগা লোইননা ঐঙোন্দা থাজরবদি হাৎপিরোই " হায়রবদা মোইরাং লুম্বুসুনা খুন্নম্মী। " অথৌবা! নঙোন্দা ইচা থাজদুনা ঐগী য়াইবী থন্ত্রাই হিংগদবগী শরুকপুদি ঐবুদুম থুনা হাৎলো " হায়না য়াখিদে। মৈতৈ লৈশাপাম্বা থৌগাইজাম্বনা নচা পিদ্রবদি হাৎপা তারে হায়দুনা তানা থিন্দুনা হাৎলে। অদুদগী লৈশাপাম্বা থৌগাইজাম্বনা মোইরাংদা চৎতুনা মোইরাংগী ঙা ফাবশিংদা নখোয়গী লুম্বুসু অথৌবদি ঐনা লোকলে হায়দুনা তাক্লম্মী হায়বগী মফম অদু লোক্তাক কৌনখি। *(লম্মীংলোন)*

## লোক্তাক ব্রানবরেন

(১) মোইরাং থোইয়া থোইদিংজাম্বগী কাওরেল মানবী লাংনুবীনা লোক্তাক লাইজ ইরেনপুংবু ফৈনা ইরোইদুনা শমলকপদা য়াম্না তৎনা ব্রানা লানখি হায়বগী মফম অদু লোক্তাক ব্রানবরেন কৌনখি।

*(লম্মীংলোন)*

(২) কেগে লোকতাক ব্রালপারেলও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কাওরেল কোলতে লাংনুবীনা লাইজ ঈপুকথায়না ব্রালনা সিনা লারকয়ে। মপুক মরিল তৈনা থুংলায়ে পুকতৈবী লমনুংসি কেগে সামুককোল মোইরাং সলসেল নাওদা লৈঙাম্বা কেগে মোইরাং নাপুবা নামপী সোয়সেলহলবদা কাওরেল কোনতে লাংনুপীনা তাকলময়ে হায়বগীবু। কেগে লোকতাক ব্রালবরেল পুকতৈবী ঈনামুং কেগে সামুককোল মোইরাং সলসেল নাওরোয় তাকও তৌনা কৌয়ে। *(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

## লোকলম অচনবা

খুরোয় লম্মপাক থোনখিবদা য়েংবীয়ু।

## লোকলাউ পনমরু

লমলেন লোকলাউ পনমরু কৌবদি কদৌনোংগীনো। নয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ তুবি য়েকলাবা লাইরেল ফৈথিংবনা লাইজ ঈসিং তরাউ তরাউ চেনঙমপাপু মথিং লাইরেল পাখংবনা লাইজ ফৈনা থিংনা তরাউ তরাউ ঙাকলময়ে হায়বগীবু লাইজ ইফৈরোক লোকলাউ পনমরুও তৌনা কৌয়ে।

*(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

## লোকলাওবুং

লোইবী লোকলাওবুং কৌবদি কদৌনোংগীনো। নয়ু মৈতেংঙু সেনবী খাকেমপনা চারা ব্রাহায়না অচেপ পাওমেলনগে হায়না মরাল থৌচৎলকপদা। লোইবী লাওদুম লাও হেম্বা খোংদুম খোংববু। লাইরেল মৈতেংঙুনা ইদাইরেমশিংও ব্রাইরা শারাওখোল হুয়েল লাল্লাওখোললা হায়না পাওহংববু। মদাইরেম লোইবী মরম্বুনা লাইরেল কোরৌ ইনোংথৌও ব্রাইরা শারাওখোল হুয়েল লাল্লাওখোলবু নত্তে হেম্বা পাময়ানবা লোইবী লৌখোৎপনে হায়না পাওমেনখিয়ে। অদুনোংগীবু লমলেন লোকলাওবুংও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## লোক্রৌ হৈয়েনতু কোংগীচৈথাপান

লম্নেন মদাইমা লোক্রৌ হৈয়েনতু কোংগী চৈথাপালও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কেগে মোইরাং খোইবা লাংমৈরেম্বা অথৌবগা নোংয়াই হৈয়েন অথৌবগা মরোঙ চুঙফুনঙৈদা। নোংয়াই হৈয়েন অথৌবগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি কক্কু মাইরেং শোইরেন ফুম্বী তুরে। কেগে খোইবা লাংমৈরাংম্বা অথৌবগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি নোংয়াই হৈয়েন অথৌবদি কক্কু শেংশৌননা লাইজ নমঙানানা লুতুরে। ময়িম কেগেনা তেংথানা কংফানবু কোংও কৌয়ে। মোইরাং মীকৌনা লাইজ ঈশিংবু লোক্রৌও কৌয়ে। নোংয়াই হৈয়েন অথৌবদি কংফাল কোংগী মথক্তা লোক্রৌন মঙানানা লুতুরে। অদুনোংগীবু লোক্রৌ হৈয়েনতু কোংগী চৈথাপানও তৌনা কৌয়ে। *(শল কাও)*

## লোনলোই ইয়ৈবী

লোইমোম ফৌওইপী খোয়নৌ মতা তরুকমানা। থোংনাংময়াং কাফাইলমপু য়িনতানলকপাতা। লমলেন য়িরোক অমচি নুংলাইকোন তাংখুল লয়হৌপোকতা। লাইচা মথিনাই য়িমু মরাঙহৌ নুংপী ফৈতোই চোংপাপু লানঙমতরাপাকী। তকলৌসিতং সোম্না লোইমোম ফৌব্রোইপী কোঙয়াং মচয়সুনা লাইচা য়িপুক খায়না  য়ৈরমএ। অতুনোংকিপু লমলেন লোনলোই য়িয়ৈপীব্রো  তৌনা কৌএ।

*(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## লোঙখুমতা

কেগে মোইরাং খোইরি নামোইয়াঙগী কাওরেল মশলচা ঙাংবা চীশাংবা মচী শংগাই হাইতুম্ববা কাওগা

অদোন নোংয়াই থিঙগোল মুবীচাগী কাওরেল মশলচা ঙৌবা চীদেনবগা কাওরেল মচী তেনবগী তেনৌ হেকঙাই পাঞ্জল হুকপা কাওগা মানবী চীয়েনা কাওরেল লাইথেংনববু। কোগে খোইরি নামোইয়াংগী কাওরেল মশলচা মচী শংগাই হাইতুম্নবানা মানবী চীয়েথেৎলে কাওরেল লাইথেংথোক্লে। ঙাংবা চীশাংবনা ঙৌবা চীদেনববু মমৈ মনা কাংনা তানখৎলে। অদুনোংগীবু কাঙগ্রুবী লৈতালপোকও তৌনা কৌয়ে। ঙৌবা মচীতেনবগী তেনৌ হেকঙাই লোঙখুম হুকপবু মালেম লৈতারৌরে হেকঙাই লোঙখুমতাও থোম্নয়ে। ঙাংবনা ঙৌবা চীদেনববু মচী মরৈ ফাওনা ব্রাইখৎলে লমলেন লাইফৌও তৌনা কৌয়ে। *(শল কাও)*

## লৌকু চাপুপান

হিথেল চংলৈমাতি। লৌকুচাপুপানও কৌপাতি। ব্রাংঙমলোন পানপাফাপী খুনচান পুংতোয় লৌয়াম পায়পী। পানপা খুনলানপা চাকোই নারংপাপু কায়না হুনপী। কাওরেল শলকুন লোকপী হুয়েল লালপুম কুনফাপী। ব্রাঙমলোন পানপা ফাপীপু নোংয়াই খুনচাল নিংথৌ পুনসিপানা। খাললৈ লৌমা খাইখিপাপু খুয়এ। খানলৈ লৌনা খুয়িকুম তরা চাপুম মসেন পালএ। অতুনোংকিপু লৌকু চাপুপানও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## লৌখাঙকা

কেগে লৌখাঙকা পললংলাও কৌবদি। কেগে খোয়বারাসি কাবুখোম্বনাচিংনা হুয়েল লালগারকপদা। পোইরৈ মৈতৈ থোঙঙা লাকাপীচা অথৌবনা কেগে ৭৬৩ মবু থাংলেন মখুৎশুনা য়াম্না খাঙলময়ে। অদুনোংগীবু কেগে লৌখাঙকা ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## লোইয়ম কোংপাতা

তোংচেংনাউপাকী লোয়য়ম কোকপা চামপাতি। খুমু নৌচাউ সুপা চামপাতি লাইচা য়িরেনপুং লাইকন তোংসঙথকতা চোংথাখিএ। অতুনোংকিপু লোয়য়ম কোংপাতা ও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## ব্রাআমলেন

**মোইরাং নাইফা ব্রাআম থাবনা ব্রাআম ময়াম থারময়ে হায়বগী ব্রাআমলেন কৌয়ে।**

*(মোইরাং লম্মীংলোন)*

## ব্রাইকোক

**থাঙব্রায় মাতাইমাদি ব্রাইকোকও কৌবদি। ইচিকসিব্রা কোংনিথৌপা মরমখৈগী সেলবী খুলহোংলকপাদা। সেলচেৎ অনেমপানা লমবু কোকনা ব্রাইবুশেংনা খুন্দায়ে। অদুনোংগীবু ব্রাইকোকও তৌনা কৌয়ে।** *(থাঙব্রায়রোন)*

***অরাংগী লম অমবু ব্রাইকোক কৌখিবদি। ইচিক সিব্রা কোংনিংথৌগী লমখৈদা কবোনা খুলহোংলকপদা লম ব্রাই ইকোক কোক্লা শেংদোক্লগা খুন্দাই হায়বগী ব্রাইকোক কৌখি।***

## ব্রাইকৌপাৎ

**লংমাই মদাইমদি লংমাই মুংবী লমদাংশাংতিংবি ব্রাইকৌপাৎও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লুব্রাং লংমাইবা অয়াংচাম্বা লৈখম ফাবনা পোইরৈ খুনকুমলক ব্রাংঙম খুন্দারকঙৈদা। শেল্লোয় চীং লংমাইবু নমদা হুম্না পোইরৈ খুনকুমলকপদা। ময়ুম লুব্রাংনা মীকৌনা নুংবাম্না তেংথাবদি থোংবু তিংবী লম্বীবু মুংবী য়েমপাকপু ব্রাইকৌও কৌয়ে। নুংবান শলয়াম অহোংবা য়াংগেন চাউহোংবনা নুংবান ইপাচা লুব্রাং ইয়েল্লুশিংও। ঐখোয়না পোইরৈ খুনকুমসে ব্রাংঙম খুন্দাসে হায়বদি মোম্বু তালোয় ইরুখীশিংবু সনা লাঙচল চোৎকনে। মুংবী লমথোনও তিংবী ফৈনা লামনা শেকচুপ পন্দাইয়ে য়ামলা খোংফৈ চিরোনচম্না থোংলেন পাম্বৈ শেমও হায়খিয়ে। নুংবান পুমনাহৌ লুব্রাং পাকনা তাইনা পোইরৈ খুনকুমলকপদা মালংমথিনাইবা খমগোল মরাংহৌববু লমওক্লরে। ময়ুম নুংবাম্না মীকৌনা য়েমপাকপু ব্রাইকৌ-ও কৌয়ে। থোংলেন তিংবী লানবদা ব্রাইকৌমরু তুপপু মালং মথিনাইবনা হুমথরে লাইজ ঈদা তারে। অদুনোংগীবু তিংবী ব্রাইকৌপাৎ মুংবী লমথোনপানও নুংবান খুনকুমলম লুব্রাংখুন্দারমও তৌনা কৌয়ে।** *(নোংমাইজীং চীজোইরোল)*

*নোংমাইজিংগী লমদম অমবু ব্রাইকৌপাং কৌখিবদি করি মরমদগীনো। লুব্রাং মাইবা অয়াংচাম্বা লৈখম ফাবনা মৈতৈদা খুন্দাবা লাকপাদা, লুব্রাংগী ঙাংনবা লোন্দা থোংবু তিংবী, লম্বীবু মুংবী, য়েমপাকপু ব্রাইকৌ কৌই। লুব্রাংগী শলয়াম লোইবা য়াংগেন চাউহোংবনা হায়রকই - শাগৈ পুন্নমক ঐখোয়না মৈতৈদা খুন্দাকসি হায়রবদি ঐখোয়গী নুপীশিংগী ফনেক ফিরোন চোত্তনবা লম্বী থোং হান্না শেম্মু। লুব্রাংশিং হৌদুনা মৈতে লমদা খুন্দাবা লাকপদা নোংলৈ নুংশিং অকনবা থেংনরে। থোং লানললকপদা কোক্তা তুম্লিবা য়েমপাক ব্রাইকৌবু নুংশিংনা হুমথখিদুনা ঈশিংদা তারে। মরম অদুদগী তিংবী ব্রাইকৌপাং মুংবী লমথোনপান লুব্রাংনা কুমলক্নুনা খুন্দাবা লম কৌখি।*

*ব্রাইকৌপাং-ব্রাইথৌ পাং হায়না খণ্ডনরিবা অসিনি।*

## ব্রাইচাপান

নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগা খুমন পুয়াং পুরমশুগা মরোং চুংফুনবদি। নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি কক্লু লুমাইলেংনা শোয়রেন ফুমি তুরে। খুমন পুয়াং পুরমশুগী তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লবদি নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগী লাবা থনুংথিৎনা উনবী চকম লেংলে। নিংথৌ লাইতোং পুরাংশুগী হামুন চারাথক্তা তাংজ লুরেনতোন অসাই থম্ববু ব্রাইথখিয়ে ব্রাইচাপান কৌয়ে। *(চায়নরোন)*

## ব্রাইরং নাশিমাঙ

নোংয়ায় অরিকখুবা খুমন পাংখাইজাম্বনা য়াওরৌ শাপান লোকপদা ব্রাইরং মনাশিবু মাঙলম্মে। অদুনোংগীবু ব্রাইরং নাশিমাঙও তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চীঙ্গোয়রোল)*

*ব্রায়রং নাশিমাঙ থোনখিবগা লোয়ননা ফুরোইশি থোনবগী ব্রারীগসু মরী লৈনবা মতাংদা নিংথৌরোল লম্বুবদা অসুন্না ইরি-সেল্লোয় মদাইমা লংমাই মখলমদি। নোংয়ায় অরিকখুবা খুমন পাংখাইজাম্বনা য়াওরৌ সানাবদা। আসাইঙৈগী লংমাই ফুরোইনু নৌসিবী মমোম চেপলৈ কাতারিবী লৈখাঙ তন্দবীনা ফুনিন নাসিননা কোমপেক খুত্তাসুনা মপনবু ঙাইবী পলেমবু সণ্ডবী নোংয়ায় অরিকখুবা খুমন পাংখাইজাম্বনা ইমোম ওইনগে হায়না লাংগোই সায়াংথক্তা ফৈরা তান্দাথোংনা য়োইচানচীং থোয়নৌ লাংমৈনু মিংথোংব্রাইনে। নোংয়ায় অরিকখুবা খুমন পাংখাইজাম্বনা লাবা খুমনবু য়াংদৌসারম লীবদা য়াংলৈ তাউবা মহুইচাবু মাঙলময়ে অদোন হুইমাঙলোকও থোম্নেয়ে। সেল্লোয় হুইমাঙ লোকনে। নোংয়ায় অরিকখুবা খুমন পাংখাইজাম্বা য়াওরৌ শাপান লোকপদা ব্রাইরংমনাসিবু মাঙলমমে। অদুনোংগীবু ব্রাইরং নাসিমাঙও তৌনা কৌয়ে।*

## ব্রাইরি

থাঙব্রায় মদামদি ব্রাইরিও কৌবদি। অসাইঙৈগী খোইয়ম লাইয়িংথৌ থাঙব্রায় মারনিংথৌনা। লাংগোই শামদোন অয়াঙববু তাম্নরকপবু। খোইয়ম লাইয়িংথৌনা হৈতৌ মোংকারা য়াংকোক খপচোইলাবু শমুখুত্তাসুনা পাওথেমলময়ে। শামদোন অয়াঙবনা সুমাঙ ব্রাইপুঙথকতগী ব্রাইচাখিয়ে। অদুনোংগীবু ব্রাইরিও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

*অরাংগী লমঅমবু ব্রাইরি কৌখিবদি। থাঙব্রায় মারনিংথৌনা শগোল শামদোন অয়াঙববু তাম্নরকপদা ফাবা ঙমদ্রদুনা, মারনিংথৌনা য়াংকোক্তা চেংকুপ হাপ্লগা থেম্বদা শামদোন অয়াঙবনা চেংকুপ ব্রাইকুপ চাখি হায়বদগী ব্রাইরি কৌখি। ঔগ্রিদা থোনবগসু ব্রারী মান্নৈ।*

*ব্রাইচাখিয়ে-লৌবা, চাবা, ফংবদসু শিজিম্নৈ।*

*খঙ্গাংবা খুনকুমলোন্দা ব্রাইরি থোনখিবদি - লাইনিংথৌ খঙ্গাংবনা শীচা কালিকা খঙহন্দা। মশানৌ সম্থোঙ হইমু লৈমগা লৈকাই পনপান লাম্না নুতিগী চায়োম থোকমিম্নৈ। কৈরোম্ন মনিল নাইদনা হৈরাং লোনচানৈএ। মশানৌ অতোনবী শীচা কালিকানা লাইনিংথৌ খঙ্গাংবনা মোংবা মশঙকাইবু হন্দোক্লম্না নুমিৎ শীংবুম মঙানিবু শুরে হায়না থিরকপদি মশাবী তেংনৌ য়োৎনিংথৌবু থেংনরে। মরুপ্পী হইমু লৈমাবু তালোয় নাজাথানা নুংশি লৈশক্লরম্নবগী য়াইবী মনুংহৌনা মোংবা হলরাইখিএ। ককচীং মরালয়াইবু ব্রায়থুংলবগী চরৈফিয়োমলে। তেংনৌ য়োৎনিংথৌদি মোংবা মুমম্নায় খায়রবনিনা মরাল ওন্দেখিববু খরায় মথোঙজিন্দা মশানৌবু লমওক্লরবগী। ঙসাইঙৈগী উরীপোক খুলফম লেপ খোংশাংয়ানফমঙম্নবু পাঙকৌরবগা। ইশানৌ য়াইবী মনুংহৌববু থৌখাম্নীও হায়না থৌনেকখিয়ে। উরীপোক খুনফম লেপ খোংশাং খুম্নাফবা লোইরাংখু লোইরাংহন শাংখু শাংহল মরিমনা চীংঙ মশানৌবু থৌখামজরববু হোয়য়াবিদনা। চরৈ মফি য়োম্লবগী তাংঙানা খোইমোম হৈনা মতুং ইনফদবগী। ইদাইরেম ব্রাশোকপা নংগা হিথা অরাংবা নংগা ইদাইরেম নখোয় অনীমনা চীঙঙ নশানৌবু হৈনা মতুং ইম্নাও হায়না। চীঙঙ য়োৎনিংথৌনা থৌখামঙমদবগী খোইমোম মশানৌবু তেনাব্রানা খাঙনাব্রানা খাঙনরৌএ। অদুনোংগীবু মশানৌ খাইনা ব্রায়এ হায়বগী ব্রাইরি-ও তৌনা খুন্দাখিএ।*

## ব্রাকোংপল

কেগে ইপুৎকোম মোইরাং ব্রাকোংপলও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাহালনোং কুরু সিদবনা থোইয়ম লাংপুম অরিববু তাইবং কলিমৈনা চাকচিললকপবু। চকমোম খামবি মৈনিল ঙাকও হায়না ঙাকহনববু। খামবি মৈরিকমবু কুরু সনা মহাকসাংদা চকমোম খামবি মৈনিল চুরায়ে হায়বগী। থোংনাং লাংপুম অরিববু য়োৎহিং ঙংকোয়চলনা ব্রারকনাখিয়ে। য়োৎহিং ঙংকোয়চলবগী হয়িং পেংলোয়ইনবা য়াব্রা সুসানম তিকতা লাইকোংথোংবগী তীনবী লাইজ ঈদা তাখিবনা চেকলা পোলবি উফোঙ তৌকাপীবু সানওনখিয়ে। তীনবী লৈদা তাখিবনা ঙারিল তোংসংমালবীগা তীনহন কাকফৈ সালওনখিয়ে হায়দবরা। চিঙঙ থোংনাংলাংবুম অরীবা য়াঙবি খুভম হোঙদবা সাব্রা পাফন নিকতবগী। সমু মঙকলিক য়োৎহিং ঙংকোয় চম্নফমবু লাইজ ইপুৎচাকুম মপুৎ মপুৎ চাফৎলববু লাইজ ঈদা কুমনা সেংথোকলে হায়বগী। কেগে লাইসেংপাৎ মোইরাং ইপুৎকোমও তৌনা কৌয়ে। খোইমোম লাইনামুং নামুংবনা থোংনাং অরীববু ব্রারক ব্রাকোংতমনা লাকনরময়ে হায়বগী কেগে ব্রাকোংপলও তৌনা কৌয়ে।

*(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

*য়োৎহিং ঙংকোয়চলনা - য়োৎহিং চম্না। য়াব্রা সুসানম তিকতা লাইকোই থোংবগী- পৎথ পুমথরবগী।*

## ব্রাখা লৈতোইয়া

লংমাই মদাইমদি ব্রাখা লৈতোইয়াও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবা

য়োইচিংলেন তমহৈবনা মোংবা শানন তানঙৈদা। কোংয়াং সোইনাউফুক লাংলেন মপান তৌনা থারময়ে। ব্রাথাও কৌববু পোইরৈ তাবাথিবনা ব্রাখাও থোম্নেয়ে। লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবা কোংয়াং মথুৎথা লাংলেন মনাউয়োকপু। লোকলৌ শোইরেন হুন কোংয়াং ব্রারেপ ফারবরা হায়না তোয়না শাংনা য়েংলময়ে। অদুনোংগীবু লৈতোইয়াও তৌনা কৌয়ে। *(নোংমাইজিং চীংগোইবা)*

## ব্রাখায়কোন

(১) হৈরেম কাংহৈনুগা পাম্থোইবীগা অনিমনা ঙাথিয়ে। হয়েং অমরক থিরসি হায়না ব্রা খায়দনা খল্লম্মে অদুগী ব্রাখাইকোন কৌয়ে। *(নুংলোন)*

(২) পাম্থোইবীগা হৈরেম কাঙহৈনুগা ঙাথিয়ে। হয়েং অমরক হন্না থিসে হায়না ব্রাখৈনরময়ে। ব্রাখৈকোল কৌয়ে। *(থেনলোন)*

*ব্রাখায়কোন ব্রখৈকোন অনীসি ব্রারী অমত্তনি। ব্রাখায়কোনদগী ব্রাথাই থোনখিববু সারাংথেম বরমনি সিংহনা ইবা লম্মীংলোন্দা অসুম্না ইরি-*

(৩) খাবা শোকচোনবনা মদাইরেম হৈরেম ইনশুবীদা ইন চিংলু অদুগা মদাইরেম খুঞ্জাল লোংহৈবীদা লোংখোল্লু হায়রবদা হৈরেম ইনশুবীনা ইনচিং খুঞ্জাল লোংহৈবীনা লোং খোন্দুনা লেমলৈ ঙায়াম ফারে। অফাবা লেমলৈ ঙায়াম অদু খোংনা পুসি পুঙমদা ব্রাকয়ৈ হিনা হোনবসু হোনবা ঙমদ্রদুনা লেমলৈ ঙায়াম পৈরবদা তমফা ব্রাঙমলোন পাম্থোইবীনা ঙায়াম অদু কোরৌ মৈশা লাংরবদি পৎতুনা পুন্নগনি হায়বগী লাংলেন ব্রাপুম খাইদুনা লেমলৈ ঙায়াম খল্লম্মী। ব্রা খাইরগা লেমলৈ ঙায়াম খল্লম্মী হায়দুনা ব্রা-খাই-কোল হায়বদগী মফম অদু ব্রাথাই কৌনখি। *(লম্মীংলোন)*

## ব্রাফোং খুনৌরৈ

লোনলোই ইয়ৈবীবু নাতৈননা লোইবী ব্রাফোং খুনৌরৈও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহাম্নোং হয়িঙৈ খোইতোম অহলবগা মালতোম অতোলবগা সানৌ মচিন মনাওনা। য়াওরৌ চীরেল তোমপোকপা থৌদু নুংপাক কোইরুব্রাবু সারেল তুংইন তাল্লকঙৈ। য়াওরৌ তিংনা কুই সারেল চাওদুম চাও চীরেল তোমপোক লৈনাথোংনা থোংনা চেল্লময়ে। অদুনোংগীবু ব্রাফোং খুনৌরৈ ও তৌনা কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*লোনলোই ইয়ৈবীগা থংননা লৈবা চীংবু ব্রাফোং খুনৌরৈ কৌবদি করিদগীনো। থায়না মমাংঙৈ লিক্রাবিচা নোংদংনুগী মচা খোইদোম মান্দোম মচিন মনাওনা মচী অমত্তা হৌবা নুংপাক মথক্তা লৈবা শাবু তাল্লকপদা, চাউ শাংলবা শাদুনা মচী অদুগা লৈনা থেক্লা চেল্লম্মী হায়বগী ব্রাফোং খুনৌরৈ কৌখি।*

## ব্রারোইচীং

কাঙবা নিংথৌনা লৈবাক মীয়াম্বু পুক্লিং চুম্না য়াথং লেপ্পবগীদমক। লাইনিংথৌ সনামহিবু নুংগী লাইশক মওংশেম্না শাহল্লবগা চীংদোলদা লাইয়িম শাদুনা লাৎখিএ। লৈবাক্কী অচুম অরান থোক্লবদা লাইয়িংথৌগী মমাঙ শংশংবদা ফিরাল য়ুংহল্লবগা খুৎথি চাংদম য়েংনৈএ। ফিরালনা য়ুংবগা খমকোল মালং অয়াঙবনা কল্না শিংলকলে। ফিরালনা তুদরিবমখৈ শিৎলে। তুবা ফিরালনা অরানবনে চুমদবনে

খঙনরমএ। অদুগীদমকপু লমলেন ব্রারোইচীংও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌ কাঙবরোন)*

## ব্রারোল খারমলাল

অদো নোংয়ায় খুমললৈমা সঙতিংঙালপী কম্বোংথেম চনু নাপ্পা নারুম কাঙবীনা। লাইরেল মনেম মচা হোঙনেময়োয় খুনচাউ লোকই সেল্লোইনাইবু লমওক্লগে হায়না ইন্দাল্লকপদা লাইরেল মনেম মচাসুঙ সোয়নরে। কম্বোংথেম চনু নারুম কাঙবীনা মপল ইকাইবা মদু সেলকোইবগী। ইপল থাঙঙা অমুকোই ইদু কম্বোং অঙৌকোইও। করি কোইও কোইচা নৎতে অয়ুক থাঙঙা লাল্লৈতববু লালচেনলে। নুংতাং কম্বোং মৈরৈতববু মৈচেললে হায়না মপল ব্রারকপা মদু থৌথিংবদা। মপল থাঙঙা অমুবা মদু কম্বোং অঙৌবনা ব্রাচনবীদে। ইমোম নোংয়ায় খুমল লৈমাও নপল কদৌবা ব্রারকপা নদু ঐখোয়বু করি থৌথিংবনো। ইমোম নঙবুদুম নোংয়ায় খাথানা অদোন চাওবপুঙদা ঙাইনোকনায়ে। খম নিঙ কুমঙৈদা ব্রা অমা হায়য়ে খম্মাঙথোকঙৈদা পাওমা তময়ে। য়েনথাক তোংথিলনা ঙাখা খুৎতময়ে হায়নায়ে হায়না। ব্রারৈ নোংলৈবু থোক্লা খানা নানা হায়নরময়ে। অদুনোংগীবু ব্রারোল খারমলাল ও কৌয়ে। *(য়াকৈরোন)*

*কম্বোংথেম নিঙোল শঙদিংঙালবী নাপ্প নারুম কাঙবী খুমন লৈমনা মবুঙো মৈতৈনিংথৌ হোঙনেময়োয় খুনজাও নোংমাইজিংদা য়াওং ইনববু উনগে হায়না লাকপদা উনবা নংহৌদরে। কম্বোংথেম চনু নারুম কাঙবীনা মবুং মখাশিংবু ইকাইবদগী থাঙ্গ কম্বোংলমগী মপা অমুকোই মবুং অঙৌকোইবু করিগী কোইচৎ চৎপা নত্তে, অয়ুক থাঙ্গ লাল লৈতববু লাললৈ হায়দুনা চেল্লি। নুমিদাং কম্বোং মৈ চাক্তববু চাক্রে, চেল্লি হায়দুনা মবুং মখাশিংবু চৈরম্মী। থাঙ্গ কম্বোংগী মপা মবুং অমুকোই অঙৌকোইনা মব্রা লৌবীদে। ইবেম্মা খুমনলৈমা ঐখোয়বু থবক থৌরমদা করিগী অথিংবা পিবনো, ইবেম্মা নঙদুম খুমনগী লমদমদদি য়াম্না নোকনৈ তুংদা অমা ঙাংলগা মাঙদা পাও অমা তম্মী। ঙাখা খরতনা হেক্তাক য়াম্না থোকই হায়জিল্লি। অসুম্না অওক অথোম তৌনদুনা অরৈবা ব্রা পুথোক্লদুনা খানা নানা হায়নরম্মী। অদুদগী ব্রারোল খারমলাল-ও কৌথি।*

## ব্রায়খোং

চীকপী থোনখিবদা য়েংবীয়ু।

## ব্রায়চৈ

থাঙব্রায় মদাইমদি লমলেন ব্রায়চৈ লমও কৌবদি। খোইয়ম লাইয়িংথৌ থাঙব্রায় মারানিংথৌনা অসাইঙৈগী লাংগোই শামদোন অয়াঙববু লৈসৎ চীংনামুংগী ফারকঙৈদা। খোইয়ম লাইয়িংথৌনা লাংগোই শায়াঙথকতা তোংনা চীংলেন নাপো মমাবু শমথারকপাদা। শামদোন অয়াঙবদা থুবা লাংচৈ মাখুৎশুবু মাললেম লৈতারে। অদুনোংগীবু লমলেন ব্রায়চৈ লমলালও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

## ব্রায়তোল

থাঙব্রায় মদাইমদি ব্রায়তোলও কৌবদি। খোইয়ম লাইয়িংথৌ থাঙব্রায় মারা নিংথৌনা চাব্রায়পী লৈপী কাঙখুল লাংবু লাংথাকপদা শামদোন অয়াঙববু লাংথুরে। খোইয়ম য়াইপী কনহৌনীকনা লাংগোই

শামৈ ব্রায়না শগোল মতুংইম্না তাম্নরকয়ে। শামদোন অয়াঙবদি থুবা লাংবু লাঙচল লীতোল ব্রায়রে। অদুনোংগীবু ব্রায়তোল-ও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

## ব্রায়তোল লালয়েংকাই

ব্রায়তোল লালয়েংকাইও কৌবদি। লুহুপপা চিঙবুরোয়বগা থংকান চিঙসাং খোকলোয় হৌবগা ব্রায়তোন লম্মহন্দা খোংফেল লালশোক্লগে হায়না হুয়েল লালশোক্লরে। মৈতিংঙুগী মদাইরেম তাংখম মনিল নাইবনা লাইরেল মৈতিংঙু ইপুঙো তাও। নদাইরেম হেমপা চিঙপুরোয়পাকা থংকান চিঙশাং খোকলোয়হৌবগা অনিমদি ব্রায়তোল লম্মহন্দা খোংফেল লালশোক্লগে হায়না হুয়েল লালশিঙনরে। লাইরেল সনা নখোঙ লেঙবীরকও হায়না ব্রাকৎলবগা। লাইরেল মৈতিংঙু তুপী চারাইরোংবদি সনা কুপতুমকুপ লোলখাঙ মনিলনাই নাসি পুঙমায়রেম সেলপী নোইনিংখোই উফে ফানতোংখোই লৈতাঙ পোলপী সেককুরেক অঙৌবা খোঙসোম লৈনা তুপী কোকলেন লুফম মাঙালনাইনা লাংকোই সাকোন পরেংসীন থাঙলেন য়ৌথাঙফাম্না দুলাই লেংজাও তোংনা কামার নোংমৈ কাপনা ব্রাংলেন পুঙখৎতৈনা ব্রায়তোল লম্মহনবু ইন্দাল্লকয়ে। মদাইরেম কৈরোয় মনিলনাইবা তাংখম ব্রাপী হায়বা কোঙয়াঙ লালয়েংকাইপু পানম কাইথোন মঙা শাবদা তুপী চুপপুথোয়না লাইরেল লাইপু ব্রাংনা ফমফমলে। মাদরাইরেম লুহুপপা মনিল নাইবদি থোইনু অহোঙবী ঙাতাসলবু মালপী মউন লৈনাহুনা মারোং চুঙবু ওইনা ইংঙেল চুঙচি লৈথেৎতৈনা মারোং চুঙচিলোম্না খুদাংচৈরৈ মফিয়েৎ তিমেল তাশাংসুনা লোইপী মাখাচীক হেমপা মরৈ তমনা ঙাইখমলে। থংকান চিঙসাং খোকলোয় হৌবদি ব্রাংলৈ লৌবুকয়ুনা থিংপা লাকাফাম্না ঙাওনৈবদি লোইপী কোইরেংয়ু উমুপীথাঙসুঙ য়াওরৌ সাওম লুপুঙ উন্না মারোং চুঙমায়লৌবা ইংঙেল লৈথেৎতৈনা মারোং চেপয়ালনা তিলমেল ঙানোয়চোংনা থংকান খুনপু ব্রাপী হায়বদি সেলপী কবো সমচিল চিলপীরে। লাইরেল সনা মখোঙখাদা শাম্লুপহল্লে। লুহুপ্পা চিঙপুরোয়বগা থংকান চিঙসাং খোকলোয়হৌবগা অনিমদি লোইপী হকথেংফংনা শোক্লরে। লোইপী শোকনখোন মারেম হানাখোনবু পোইরৈ মনিল নাইবদি মিৎয়েং শানখৈরে। লুহুপপা চিঙশাং খোঙলোয়হৌবদি হুয়েল লান্দাল থৌরে।থংকান মমায়ওন্না হুয়েল লালচেন থোইরে খুল্লক লালশি য়ামলে। খুল্লক লালশি ঈ-না কোলশাং লাইজ ঈঙাং চেল্লে। থংকান ব্রাপী হায়বা সেলপী সমচিল চিলবা লাইরেল সনা মখোঙখাদা শাম্লুপ্পনা। লাইরেল ইবুংঙো তাও নদাইরেম ঐখোয়বু খুল্লক লালশি য়ামলে।লুহুপপা অসিবু হুয়েল লালখামপীও হায়না পুরুমজরবগা। লাইরেল মৈতিংঙুনা ইদাইরেম লালমী অথৌলীচা হেপ্পাশিংও। লুহুপ্পা মনিল নাইবা অসিবু হুয়েল লালখামও হায়না পাওমেল্লবগা। মদাইরেম পোইরৈ লালমী অথৌবশিংনা চৈবুন চৈজাও খুৎতাশুনা লুহুপ্পা খাঙতপয়ৈ লংগোই শাথৌথোইনা থৌখামখিরে। অদুনোংগীবু ব্রায়তোল লালয়েংকাই খোংফেল লালশোককাইও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

*চরাইরোংবা - খৃ: ১৬৯৭-১৭০৯ ফাওবা পাল্লখা মৈতৈ নিংথৌ। সনা কুপতুম কুপ -সনানা ইরং লংবা। নাসি পুঙমায়রেম - নাদা লৈতেং য়ানবা। নোইনিংখোই - উচেক মখল অমা, মতু লৌরগা লৈতেং ওইনৈ। লৈতাং ... লৈনা - উরোক মতুনা শেম্বা উরেকশেক। থাঙলেন য়ৌথাঙফাম্না - থাং য়ান্দুনা। ব্রাংলেন - পুং। পুঙখৎতৈনা - পুং য়ৈদুনা। কাইথোন - শগাই মথোন। তুপী ... ফমফমলে। মতিক মঙাল নাইনা ফমলে। মালবী-শল। মউন লৈনা হুনা - মউন খোক্লুনা। মারোং - চুং। ইংঙেল*

*চুপ্তচি লৈথেংতৈনা -ইংঙেম্লেনা চুংগী মচিদা থেক্তুনা। ব্রাংলৈ-য়ু। লাকাফাম্না - লা থাদুনা। ঙাওনৈবদি - ঙাওনবদি। ব্রাপী হায়বা - মকোকওইবা, ব্রায়েনবা। খুম্নক লালশি য়ামলে -খুম্নকী মীশিং লান্দা শিবনা য়ামলে। লাল থামপীও - লাল লেপহনবীয়ু। খুৎতা শুনা - খুত্তা পায়দুনা। খাঙতপয়ে - খাংদা য়ৈবা, ফুবা। লাংগোই -শগোল।*

## ব্রায়থাঙপা লৌরুখুম

লমলেন ব্রায়থাঙপা লৌরুখুমও কৌবদি। থোইলোয় ব্রায়পাকা মারুমপী নোংয়ায় উথুমপম চানুকা হন্না হন্না মারক খানলে লৌতারময়ে। অদুনোংগীবু লমলেন ব্রায়থাঙপা লৌরুখুম-ও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

## ব্রায়থৌ

কোইচীং থোনখিবদা য়েংবীয়ু।

## ব্রায়থমপাল

ওইচারুপান থোনবদা য়েংবীয়ু।

## ব্রায়রং উচিমৈ

ব্রায়রং উচিমৈও কৌবদি কদৌনোংগীনো। চীংথোঙ পোইরৈতোননা পোইরৈ শিদববু খুনথিরকপদা মতৈলৈমা লৈনাউতাবীনা পাউহংখিয়ে। চীংলেন নাপোমমা অসিদি শানৌও লাব্রায় য়ুপুঙকোই য়ুনারেক ফকলাং লোনচা থেংকোইবা চিবা মৈশাংববু করম মানবনো। চীংলেন মমৈসুঙ করম শুম্বনো হায়না শোল্লময়ে। ব্রায়রং উচি মৈও তৌনা কৌয়ে। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

*লাব্রায় ... মৈশাংববু - উচিবু।*

## ব্রায়রং কোইচীংসাং

নোংপানলোন লিনথোইঙমপীনা তাইতল লময়েংঙেতা। চীংঙম কানীংতা য়ৌঙম তাম্নীংতাপাকী চীংলেন নাকপাক কোইনা চৎলময়ে। অতুনোংকিবু ব্রায়রং কোইচীংসাংও তৌনা কৌএ। *(য়েনলোন)*

## ব্রায়রং নাশিখুন

মমা তম্পাক লৈহৌনুচা লংমাই পাইপং লৌথিপাকি ব্রায়রং মনাশিপু মালেম লৈতা তাপাপু খুনখিয়ে। অতুনোংকিপু ব্রায়রং নাশিখুনও কৌখিয়ে। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

## ব্রাংখৈ

(১) য়োইহৈতোন তাউথিংমাং অনিমক্লা হি থাংঙৈদা তাউথিংমাংনা তাউথরকপদা লম অসিদি পাম্মে হায়না উরোং খিল্লম্মে। সৌনৌ কৌনা লৈরে। অদুগী ব্রাংখৈ কৌয়ে। *(চীংশৎলোন)*

(২) গুরু শিদবনা শানথুপলগে খল্লদুনা অখুবদগী থোরকপদা নমু তাইবং মীয়াম্না উখিবদগী লোংপা

য়াদ্রদুনা লাক্লগা কৈদুপুংদা লোৎলম্মী। নমু তাইবং মীয়াম্মা গুরু লৈত্রে মফম কদাইদা চৎপ্রবগে হায়না ময়াম্মা থিনরকপদা গুরুনা কৈদুপুংদা লোৎতুনা লৈবা অদুবু নমু মীয়াম্মা গুরুবু ব্রাংনা খৈনা উখি হায়বদগী মফম অদু ব্রাংখৈ কৌনখি। *(লম্মীংলোন)*

## ব্রাংখৈ লিকথুনপুঙ

নোংয়াই মনিল নাইবনা হায়নখিয়ে অদোন য়াইথিংবা নুংনাং উশোনবদি ময়ুম অব্রাং পোইরৈ মৈতে নিংথৌ অয়াংবা সনা মখোঙখাদা শাম্পুলিয়ে। নোংয়াই ইনিংথৌবু ওইহনসে হায়না নোংয়াই মরম্বুবু থৌশিখৎখিয়ে। লাইরেন মৈদিংঙু সনা মখোঙখাদা নদাইরেম ঐখোয়বু নোংয়াই শেল্লেপাক্লে। লাহাল অদোন কোকপা ইনিংথৌনা খোইয়ুম লাই ওইখিঙেগী মখৈবু তাংজ মকোক কাং লিল্লা কোইনা য়েংলবগা নিংথৌ পুন্সি কৌ লৈমা পুন্সি মাঙলে নিংথৌ ফম্বাল হাংলে। নদাইরেম অদোন য়াইথিংববু লাইরেন সনা নখোঙখাদা য়াঙ্গোইরিয়ে হায়য়ে নোংয়াই খুমননিংথৌবু ওইহনবীউ হায়না পুরুমজরবগী। লাইরেন মৈদিংঙুনা ইদাইরেম অদোন য়াইথিংবাও নোংয়াই নপুঙয়াইদা নিংথৌ ফম্বান হাংফরোই। নোংয়াই নপালাই খুমন নপুলাইবু থৌকাউদনা য়াওরৌ শাদোম লাৎ কাংচিন লমদা লৈবু তুংথাংনা মালং চৈরোইনা। নোংয়াই লম্মাবী খুমন লম্মাইহনবী হুইতোক লাঙ্গা নিংথৌচনু থুন্নাং মরৈমাবীদা কোলোই শিনপাম্না লাংহৈ শিনদিম্নববু লোইদাম কুমকাওগনু। নোংয়াই পারিতৎ খুমন পুরি কাউরঙেনে। নোংয়াই নপুঙয়াইদা খুমন কুমথরো হায়না য়োইচানবীরবদা। অদোন য়াইথিংবা নুংনাং উশোনবনা পাওমেনজরকয়ে। লাইরেন কোরৌ ইনিংথৌও নদাইরেম ঐবু হয়েং পোইরৈ চাদোম্না কাউদনবা তুবী নথৌজানবু কোলোই ইমিং মাঙদনবা থৌদু লেপ্পা খিনবীও হায়না পুরুমজরবগী। লাইরেন মৈদিংঙুনা থৌজান মাইয়োক্লনা পাওমেনখিয়ে। নোংয়াই খুমননিংথৌ অদোন য়াইথিংবাও নদাইরেম নোংয়াই য়োইথোমজবু মরিং খুনবীলোক্কী থৌদু নুংবু পুহল্লু-ও। ইদাইরেম ব্রাঙমনাহা ফেন্দাংবা নংদি অব্রাং কৌবা লম্হন লোক্লেন ব্রাইখুরোক্কী থৌদু নুংবু লৌরুও হায়না থৌশিরবগী মদাইরেমশিংনা থৌদু নুংবু পুরক্লে। লাল্লোই মদাইমা ব্রাংখৈ পলমরুদা তোকমু লৈতম ফেন্না লাল্লোই লম্মহন্দা পুঙথোল্লে। তরেৎ ঙান্দম নাইদবা শেঙ্গাও পানপোক থোক্তবা লাংবল নোংলোন চন্দবা শেঙ্গাও পাল্লোংবু খাগাথানা শিংনাং তোনখপলৌ নোংয়াই মরেংতম্না লাইরেন অয়াংবনা থক্কা থোম্না থৌদু নুংবু খিল্লময়ে। অদুনোংগীবু থৌদু নুংখিন পুং কৌববু পোইরৈতা ফাথিবনা ব্রাংখৈ লিখুন পুঙ কৌই।

*(খুমন কংলৈরোল)*

## ব্রাংগোই

লাইনিংথৌ অসীবনা কংলৈ ফম্বাল মুম্নঙেগী মালেম লৈরেনহনবীনা মপারি খোম্মদোন পাখংবদা থৌইনশিনখিবদগী। য়াইবী মনুংহৌনা কোরৌ নোংলাংপান্দা কোরৌ নোংকারুবদা। কুরুনা ব্রাংনা কোয়না য়েংবদা চেংলৌ শক উঙমদবগীবু। মালেম লৈরেনহনবীনা থেমনা নৌনা কোরৌ নোংলাংপন্দগী কৌথবদা অসীবনা খুনকুমলবদা। কুরুনা অব্রাংবদা কোইনা য়েংলম্বা মফমবু ব্রাংকোই কৌই। *(ব্রাংবরেন খুনকুমলোন)*

## ব্রাঙু

হিথেল নমসাংমাতি। লাইব্রা লৈমা লাইসনথানপীপু নিংথৌ য়েলাংপানা মরান লুহোং

খোংতোংলকপাতা। লাইব্রা লৈমা লাইসন থানপীনা খোয়নৌ মমান মচা চৈরে ফিকোননুংগী অচানপা নুরা ঙাইখোং সিনসুলুককী অথুপপাকা ব্রাংনা চাউনা কামননাখিএ। ব্রাংনু লাইচাউথেনও তৌনা কৌএ। অতুসুং মতোমতে। অসাইঙেকী কেগে মোইরাংনিংথৌ অতোনলককী লোইচাওমপা মরুম তোনচাউনুনা ব্রাংনা চাউনা পাল্লমএ। ব্রাংনুও থোম্নেএ । *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## ব্রাংজিং

(১) তাউহইরেং অহনপাকী লাংকোই মখুনেৎতি খুব্রাই নোংচেংপা নাইচাগী ব্রায়রা মতেনচানা তেনপাল্লবগী ব্রাংনা চাউনা তারকয়ে। অতুনোংকীপু ব্রাংচীংও থোম্নেয়ে। *(নুমিৎ কাপ্পা)*

(২) নিংথৌ শোইপাইবনা কোনুং মফম শেমগে হায়বগী মনাইশিং য়াওনা কোনুং মফম ব্রাংনা থোল্লে। লোইবী চীংগুম ওইরে হায়বগী ব্রাংচীংও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌ কাঙবরোন)*

(৩) খ্বাই নোংজেংবম নাইজ য়েকম পোংবারাজ অতনবনা নুমিৎ খুদিংগী পোথাদনা নোংহেক ঙানবদগী তরা লৌচেনপোৎপু অনিরক হন্দুনা, লাংবন উয়ুং শিংজনপোৎপুসু অনিরক ওল্লা পুনবা হোৎনবদা মপারী হাওদংখু তরা চাবুম শাইনা নাউয়োকপা মমোম হাওদংহনবসু লাঙ্গোলজবা ফাওবা ঙমদ্রিঙৈদা নুমিৎ হেক্তা থোরকই হায়না শাউরম্মী। নোংমদি নোংহেক ঙানবগা লিরুং মখুৎসু পায়রগা তেন্দোং নমদা পোদুনা ময়ুমদগী থোরকপদা তাওহইরেং অহনবনা লৈমুরাবা মশোংচাউ, লৈহাওরাবা মঙান নাইনা থোরকপবু পোংবরাজ অতনবনা লিরি থম্মোইতিং, লকা তেনমৈলাক্লা পান্দমখিবদা তাওহইরেং অহনবগী লাঙ্গোই খোংনেৎশাগী মথাদা পান্দুনা কোরৌ নোংলাংপান্দগী ব্রাংনা চাউনা লোইবী চীং নাপোম কিস্থরকপগুম তারকই হায়দুনা ব্রাং-চীং হায়বদগী মফম অদু ব্রাংজিং কৌনখি। *(লম্মীৎলোন)*

## ব্রাংতোংচীং

ময়িম লোইপী খারম ওইপা মোমনু নুসকতাপা তাঙচা তুংতা লয়পা পাইপোন নাকলম সেনপা সউন লুহপনানা। পামেল ব্রাংনুনম তলা ব্রাংনেমথক শদু মানতেব্রাং পামেল উতোলথকতা উসা থাপানা। তুপি থিংকোকলাই অরেমপাপু মিৎয়েং সানখৈরে। হেমপা মপাতাউতা সমু খুৎপু থিননা তাকনাখিএ। লোইপী হেমপা মপাতাউ অনিমাতি সমু মখুৎলোমলে। চেংলৌমিৎনা য়েংপাকী চেংলৌ মমিৎ থুপলে। খোইয়ম লাইমিৎয়ি হেমপা ব্রাতোংচীংও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## ব্রাংথা

ব্রাংথা লমনুংসিব্রো কৌপাতি কতৌনোংকিনো। লুব্রাং লোইনাই য়াওসা তানপানা লাপা খুমনপুনা য়াংতৌ সারম লীরকপাতা। তরা মচাকখাকপু চকপা হাওরা ঙানথোংকোকতা ঙাননা চাঙমএ। তরা চাঙমপাব্রো তৌনা কৌএ। ব্রাংলৈ য়ুনিংখাকপু চয়রেন হৌতা মুনতারিঙৈনা খামপী মৈরোয়ননা লুমলমএ। ব্রাংথাব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## ব্রাংথা লমনুংসি

লমলেন মদাইমা ব্রাংথালমনুংসি কৌবদি কদৌনোংগীনো। লুব্রাং নাহা য়াওসু তালবনা য়াওরৌ সাপাললোক চকমোম ঙমখাই তানলকপদা অব্রা হকনাচোক য়েলপি হুইয়াইরোমলাবগী অব্রা পোৎথারমববু পামেল ব্রাংনুনম তললা ব্রাংনেম মানা অপাকপবু থানা ফমলময়ে হায়বগী ব্রাংথা

লমনুংসিও তৌনা কৌএ। *(মোইরাং লৈকোই পুড)*

## ব্রাংথোনবী

লুব্রাং খারং য়ুমোইজাম্বনা য়াওরৌ শা ফানবগীদমক মীনা থাকলম্বা য়াওরৌ লাং অদু হুগে হোৎনবদা লাংগী কোংয়াং ব্রাশা অকংবনা শৌশারিবা লাং অদু কাফৎলক্কুনা ব্রাশানা থিন্দুনা শিরে। নোংঙাল্লগা নুংবান মপামচাশিংনা হল্লক্তে হায়না নুংশা থিদুনা থিরকপদা থিবা খঙদরে। মমৈথংদা কাকয়েন্না নুংথিল পোপোপ্তা ব্রাংনা পাইরম্লগা মালেম লৈদা তাখিবা অদুবু উরুদুনা করিনো অশিবা অমা লৈরমালে হায়না কাকয়েন্না তাখিবা অদুগী মতুংইন্না থিরকপদা লুব্রাং খারং য়ুমোইজাম্বনা শিদুনা লৈরম্বা অদু থেংনরুরে। নুংবান মপা মচাশিংনা থিবা খংদ্রবদা কাকয়েন্না ব্রাংনা পাইনা তাকপদগী থিবা খংখি হায়না ব্রাং-থিবী হায়বদগী মফম অদু ব্রাংথোনবী কৌনখি। *(লম্মীংলোন)*

## ব্রাংনালোক

ব্রাংনা লোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কেকে খুয়োল হাওয়াম কোইপাকা হাওতা লাইপাকা কোঙয়াঙ ব্রাচেম্নববু খুয়োল হাওয়াম কোইবনা খোঙকাপ নৌরৈমাবু হাললাবগী কোঙয়াঙ ব্রাপোৎ লৈরে হায়য়ে। হাওতা লাইবদি তাঙচা ইকাইথোইরবগী য়াইবী মনুংহৌ তিললাং মখোই সাওনা ব্রাহমখিয়ে। পাথৌ খুয়োল হাওয়াম কোইপা নংদি ইনুং কৌপাসোই সরা মথোঙতে ঙালতাঙৈপু করিগী কোঙয়াঙ ব্রাপোৎ শেমঙামপানো। পাথৌ ইপিংঙা হাওমুকনা লেংফায়চল মোংপা তাচিল খুরৌনখিসে হায়না হাওমুকনা লেংফাইচল মোংপা তাচিল খুরৌনাখিরে। খুয়োল হাওয়াম কোইবদি পাথৌ মীনমবগী তাঙচা ইকাই নংনা সলথি খুনালথোক পাকোন খুরৌননা মালেম লৈদা তুরবগী ফৈরা তালপুম তেক নাতোল কুরোল হুনা তাঙচা ইকাই নংলে হায়তাপরা। লহাল মম্নিম কেগেনা তেংথানা মোইরাংনা মীকৌননা তেকলাববু কায়রাবও কৌএ। খুয়োল হাওয়াম কোইবদি পাথৌ তাঙচা ইকাইরবগী থেকনা কোইনা চৎখিয়ে। হাওতা লাইবদি ব্রাংনা সাংনা লাকখিয়ে হায়বগী সেনকোই ব্রাংনালোক ও তৌনা কৌএ। *(মোইরাং লৈকোই পুড)*

*কোয়াঙ - ব্রা। ব্রাচেম্নববু - ব্রা লৌববু। ইনুংকৌপাসোই সরামথোঙতে ঙালতাঙৈপু - নোংঙাদ্রিঙৈবু।*

## ব্রাংপা মাহুইতা

মোংপা তোরয়মাতি। নুংপাল কোকপা ব্রাংপানা য়াওরৌ সানাপাতা খোইমোম লাইরেমমা লাইচা য়িরেন লৈমানা কোকপা ব্রাংপাপু লাইচা য়িরেননুংতা থেমথখিএ। ব্রাংপা মহুইচাসুং য়িনথখিএ। নুংপাল ব্রাংপাতা ব্রাংপা মাহুইতাও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## ব্রাংলৈ য়ুরুম্বী

লমলেন মদাইমবু তরা চাঙানবী ব্রাংলৈ য়ুরুম্বীও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লুব্রাংনাহা য়াওসা তানবনা য়াওরৌ তুংম্নিন তানলকপাতা তারা চাকনিঙখাকপু চকপা হাওরা ঙানথোংকোকতা ঙানচারমএ হায়বগীবু তারা চাকঙানলৌও তৌনা কৌএ। ব্রাংলৈ য়ুনিঙখাকসুং চাইরেননুবী হাওকারীদা লুমজরমএ হায়বগীবু কেগেতা ফাথিবা মোইরাং হাইমন তানবনা তরা চাঙানলৌ ব্রাংলৈ য়ুরুমবীও তৌনা কৌয়ে।

*(মোইরাং কংলৈরোল)*

## শাওমপুঙ

(১) থাঙব্রায় মদাইমদি অব্রাং কাইপী সাওমপুঙ-ও কৌবদি। নোইনাই থাব্রাল থাবনা তোংচেং ফকময়ুংগী য়াওরৌ শানাবদা। মৈতেংঙুনা লিলব্রাই খারঙপোকপু কালনা চোংনা তুপী মৈনা ওৎনা খৌশাথবদি। য়াওরৌ খুৎচুমমু কাইপী য়েক সাওম সাওম থারাইতাঙ সমফাপীবু কাইনা হুল্লে। লাইরেল মৈতিংঙুনা পুঙলেন ব্রাংনা থোল্লময়ে। য়াওরৌ অচঙবসুঙ পানম কাইথাঙ লৈনাশানা পুরকয়ে। অদুনোংগীবু লমলেন কাইপী শাওমপুঙও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রাইরোন)*

*অব্রাং মায়কৈগী লমদম অমবু অব্রাং শাওমপুঙ কৌখিবদি । মৈতৈ নিংথৌ থৌব্রাম্বাবনা ফকনুংদা য়াওরৌ শাদানবদা য়াওরৌশা অমত্তা ফাদ্রবদা মমৈথংদা শওম মরাইতাংবা অমা ফাই। ফারিবা শওম অদু পুং ব্রাংনা থোল্লগা ময়াম য়েংহন্নবগীদমক্তা পুন্নস্মী। অচঙবা শাসু শাপোং শেমদুনা পুরকই। মরম অদুদগী লমদম অদুবু শাওমপুঙ কৌখি। (অব্রাং শাওম্বুংনি)*

(২) তোরয় নমসাংমাতি লমলেন কাইপী সওমপুনও কৌপাতি। মৈতেংঙু লোইনাই থব্রানথাপা কাইপী য়েক সওম সওম খুচুমমু সওম থরাই তাঙপু। সমু তুংতা লয় পামেল উতা পুন্না নোংয়াই লমচলএ অতোন লমলোকএ। নোংয়াই খাথানা অতোন লাইথানা মৈতেংঙু অয়াংপা সরী চোংপাও। নোংয়াই য়িপললমপু করম লমচনবনো হায়খিএ। কাইপী সওম মানা লমচনলৈএ হায়পাকিপু। লমলেন কাইপী সওমপুন ও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*তুরেল তোর্ব্বান অমবু শওমপুন কৌখিবদি। মৈতৈ নিংথৌ থৌব্রাম্বাবগী মতমদা মৈতৈ খুমন অনীনা কারাম লমবু মুম্নবদগী ব্রায়েংনরস্মী। মমৈথংদা শাওম ইশিংদা থাদদুনা তাউহল্লগা পনবা মফমদা মৈতৈ খুমন অনীগী লমখৈ ওইনসি লেপ্পরস্মী। থৌব্রাম্বাবা নিংথৌনা শাওম মখোঙ মুবা মথা তাঙববু উদা পুন্দুনা তাউথরকপদা খুমনগী লমদা পনদুনা মৈতৈগী লম ওইখি। খুমন মীয়াম্না মৈতৈ নিংথৌ থৌব্রাম্বাবা অয়াংবা সরীচোংবা ইপা ইপুগী লমবু করম্না লৌখিবনো হায়নখি। শাওম পনবদগী শাওমপল কৌববু মমৈথংদদি শাওমপুঙ থোনখি। কারাম থোনখিবদসু য়েংবীয়ু। (খা শাওম্বুং)*

## শগোলবন্দ

মৈদিংঙু খাগেম্বা ম্না মহাকথক্তা ময়াংলৈবাক্কী নিংথৌ সপ্রদামগী খুজিন্দগী য়াখারোক অমসুং বীম্বোন অনিনা লুচিংনা লান্দারকতুনা ময়াং লাম্নীশিংনা মৈতে খুল্লক চংলক্লবদা মৈতে চিরোন হৈবা কাংবুনা শেক্তাদা লোৎতুনা থমলিবা নিংথৌগী খোংনেৎশাবু লোৎফম তাকথোকলুবদগী ময়াং লাম্নীশিংনা শগোল হুদুনা পুখ্রবদা মৈতে লাম্নীশিংনা লমখাংদগী মুন্দুনা পুরক্লগা শগোল অদু থৈদুনা লোৎতুনা থমখি। লাঙ্গোই শগোল থৈবা লাকপদা পল্লম্মী হায়দুনা শগোল-পল হায়বদগী মফম অদু শগোলবন্দ কৌনখি। *(লম্মীৎলোন)*

(২) মৈদিংঙু খাগেম্বা হাক্তক্তা মৈতে লৈবাক্তা শগোল পঞ্চরতন পোকই তাদুনা ময়াং লাইবার লাকয়ে। নিংথৌ নংগী শগোল পঞ্চরতনগা ময়াং ঐখোয়গী শামু পঞ্চরতনগা শিন্নসে হায়রকই। মৈতে নিংথৌনা শিন্নবা পামদে হায়বদা । হে মৈতে নিংথৌ অথোইবাও শামুনা য়াদরবদি ময়াং নিংথৌনা হারকয়ে। শামুগী মথক্তা মচানুপীসু পীগে অদুগীসু মথক্তা মীনাই ১০০ সু পীগে অদুগীসু মথক্তা সনা মীপোৎ তরাসু হাপকে হায়রবদা মৈতে নিংথৌনা য়ারে। ময়াংনিংথৌদা মৈতেগী ব্রারোল পুম্নমক তাদুনা হরাওরে। মচানুপীনে পোৎ অয়াম্বনে শামু পঞ্চরতন্নে পুদুনা লাকলে। মৈতৈদি শগোল পঞ্চরতন পুদুন শগোল মঙাদং পঞ্চরতন শাদুনা পুরকয়ে। মৈতৈগা ময়াংগা থ্বাই মপান্দা উনরে। মৈতৈনা ময়াংবু কৌদুনা হায়য়ে হয়েং নোংঙাল্লগা নখোয়না পুরকপা পোৎ অয়াম্বনে ঐখোয়না পুরকপা পোৎনে উঙামদা হাপ্তুনা ঈশিং ময়াইদা শিন্নশে। লৈমদি উঙাম অমদা তোপ্পা হাপও। মখোয়গীসু পুরকলে মৈতৈগীসু পুশিল্লে। লৈমাদি উঙাম য়াম্থৎতুনা ঈশিংদা থাদখরে। মৈতৈনা শামু পঞ্চরতনগা নাইগা অয়াম্বা পোৎ লৌহৌয়ে। ময়াংনা লৌখিবা শগোল মঙাদো মখোয়না শিত্তুনা নান্দুনা য়েংবদা কাব্রংনা শগোলগী মতু মরক্তা পঞ্চরতন শাবদু উরে। পোৎ শিন্নবা ময়াংনা মখোয়গী নিংথৌদা তমলে। নচা নুপীসু উঙাম য়ানথেক্কুন্দ ঈশিংদা মাঙখরে শগোলগী মতুসু কাব্রংনা পঞ্চরতন শারমলে। ময়াং নিংথৌনা শাওরদুনা ময়াং পুম্নমক হুপ্লা লাকলে। ময়াং লাকলে হায়ববু মৈতে নিংথৌনা তাবদা থ্বাইরম্বন্দগী অব্রাংপাংনা ওক্লা নিল্লগা হুইনা মনাথাবা মফম য়ৌনা পন শারে। অদুদগী পুথিবা য়ৌনা থোল্লে। মথা লমগী চীংঙা য়ৌনা থোল্লে। পিশুমদগী শঙাইপরৌ য়ৌনা থোল্লে। অদুদগী লমফেল য়ৌনা থোল্লে। শগোল পঞ্চরতনদি পন অদুদা থুপলে। অদুদগী সকোনপন কৌএ। *(মীয়াৎ লারৈ লাথুপ)*

## শগোলমাঙ

থাঙব্রায় মাদাইমাদি শগোলমাঙ-ও কৌবদি । অসাইঙৈগী থাঙব্রায় নিংথৌনা লাংকোই অপাইববু শগোল তুংইন্নমা তাল্লকপবু মাঙখিরে। অদুনোংগীবু শগোলমাঙও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

## শগোললোক

শেল্লোয় মখলমদি তুবী নিংথৌরোক লোকলেন অচনবাও কৌবদি কদৌনোংগীনো। মৈদিংঙু লোইনাই থৌব্রানথাবনা থারা য়াকা চায়নঙৈ। মৈদিংঙু মশানৌ চীংখোংয়ায়মবা মেংম্না মুংয়াংচাউববু শাইবা পনয়েখা লাংখোং ঈতা শিনা নোংমললৌএ। চীংলেন নাকপকমদা লংমাই নোংনেম নিংথৌলোক্তা মৈদিংঙুগী লাংগোই মখুনেৎসুং লোকলৌরে। অদুনোংগীবু তুবী নিংথৌরোক লাংগোই শগোললোকও

তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

## শগোল লৌকুৎ

শগোল লৌকুৎ কৌবদি । শামদোন অয়াঙবনা শগোলগী মশক ওইনা লৈবাক নিনখায়না তারম্মে। অদুগী শগোল লৌকুৎ কৌয়ে। *(লম্মীংলোন)*

## শনকৎলম

লংমাই থেনখাংমাদি কাওরেন শল্লাউফম কৌবদি কদৌনোংগীনো। খোইয়ম মমাইবগা অৱাং কোরৌ নোংলম্বু লুৱাং লংমাইবগা অনীমনা অঙৌবা পুরৈরোম্বা শেল্লোয় চীংমাবদা মানবী হৈরোম কাও নোংপোক চীংথং শল্লাই মানববু কাওরেন লীগা থু শন্দং নারেংচিংনা চীংখোঙ শনকৎলম কাওরেন শল্লাউফম-ও তৌনা কৌএ। লংমাই থোনমরক্তি মমাইবগা লুৱাং লংমাইবগা মোংবা য়োইশগাই চংবি লোইনু চারোনফাইবনা মানবী লীগাথুনা লংমাই শনকৎলম মচীংশাও তৌনা কৌএ।

*(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

## শম্থিথেন

শেল্লোয় মদাইমা লংমাই মখনমদি নুংবান শনয়াম্বা লুৱাং শনয়াম অহোংবা য়াংগেল চাহোংবা কাওরেন মশনচাবু হৈরাং কুনাইদবা তাউজীং হৈহৌদবা নাকখাংচেম্থহৈ লুখুম চেনখৎহৈ লুৱাং ঙাংসাংতোংবা হৈ কাওরেল শনথী হৈ নুংবান শনয়াম্বা কাওরেন শম্থি হৈ তাউজীং হৈক্রু মাপানমাকী হৈরাংফামহেকনা তাউজীং হৈবুম্মগা পানা শনথীনবু কাওরেন শম্না থোইএ। তাউজীং হৈনা ৱাৎলে। অদুনোংগীবু নুংবান শম্থিথেনও তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

## শন্দংখোং

(১) লমলেন শন্দংখোংও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাহাম্লোং হয়িঙৈদা কেকে মোইরাং নিংথৌ হেপু সনারাখ্বা মশানৌ পলেম মমা খুনবিরোন লাংসু সুঙসা ঙাইখোং চনু লিনকোইগী নিংথৌ মশানৌ য়াওসু খুলতোন লাকপবু। মশাবী কেকে মোইরাং নিংথৌ সনারাখ্বানা শানৌ চীংখোং য়াইমবা পলেম নুখুবীচাও। ময়িম অৱাং পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ মৈতেংঙু লোইনাই থৱানথাবা থাৱা চীংখৈ লাম্থাবা খাকপা তেনমৈ শমগুম্বনা ৱাকয়ৈ মাগী মখুনেৎ তোংচেং মনুংচং য়াওরৌ শাচল খোংতাংববু কাইনা হুনবা হিবু। ৱাকয়ৈ খোংওইনা তোংচেং পাল্লোইননা সেন্দ্রা পলয়া হেপ চীংমু চীংথি মুকাপ চীংমৈশম ৱাকয়ৈ হিজাও হোল হুয়েল লালথেম্বা অসিনা। চীংয়া ৱাইকোইফদে মোইরাং য়েল্লাং থৌচৎফদা ৱাইরা নংগী নতেনচা তেনবী য়াইওইবা চেনচিন শাচমপুববু তেনকা লেংথোংনবা লিরুং পোৎনাবনা তেলৱাইও হায়না পাওমেনখোনগী। মশানৌ য়াওসু খুন্দোল লাকপনা লিরি থমোইতিং লাকা তেলমৈরাক্লা। ৱাইরা ঐগী ইতেলচা নংদি লাইরেল মৈতেংঙু লোইনাই থৱানথাবা ৱাকয়ৈ মখুনেৎকা তুনা তেনপালও হায়না তেলৱাইখিববু। তেলবী মরুলুক তেলচিন ময়াফাক তেলনা মশা কাংনা কেকে নিংথৌ লাইয়ুতেং পুন্সিবা শংলেনয়াই মেনখু য়াইখু তোপ্পা মশাইবুংদা তেনপানবগী। মশাবী মোইরাং নিংথৌ সনারাখ্বানা ৱাইরা ঐগী তেনকনখোনগী অৱাং পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌগা উনবী

পুকমান্নরে কেকে লৈখোং কায়রে হায়না ৱাতাথিরে। কেকে ইপুংয়াইদা লৈঙমলরোই মোইরাং ঐবু লমহোংলগে কেকে খুনচেল্লগে হায়না ইনুং শোইয়াইমদা কাওরেল শন্দং মাঙদা হোইনা লোইবী হাওয়াম তাংথখিয়ে। অদুনোংগীবু কাওরেল শন্দংখোংও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*শন্দংখোং কৌখিবদি করিদগীনো হায়না মোইরাংনিংথৌ সনরাখ্বানা মমাতোম্না পোকপা য়াওসু খুন্দোল লাকপদা হায়রম্মী - ইনাও য়াইমবা মৈতৈ নিংথৌ থৱানথাবা মাগী হি শাচল খোংদাংবা তোংদুনা শেন্দ্রা মুকাপচীং শমদুনা লালথেন্নবা অসিনা মোইরাংগী মী অমত্তা শীং চনবা, ঙাখিবা চৎপা য়াদরে। নঙগী য়াইওইবা তেলদু কাপ্তুনা কিহল্লু হায়খি। মনাও য়াওসু খুন্দোন লাকপনা থৌৱান থাবগী হিদা পাম্নবা তেল কাপখিবদা তেনজিল মরাই কাংখিবদগী মৈতৈ নিংথৌ থৱানথাবগী হিদদি পান্দদুনা ময়াম্বা মোইরাংনিংথৌগী শাইজিন্দা পাম্লুরে। মোইরাংনিংথৌ সনারাখ্বানা মনাউগা মৈতৈনিংথৌগা লৌতুনদুনা মাবু হাংনবা থৌরাং তৌরে, মফমসিদা লৈররোই হায়না শন্দং চিংদুনা চৎখ্রে। মোইরাং নিংথৌনা অহিংদা শন্দং পুদুনা লেক্রম্মী হায়বদগী শন্দংখোং কৌখি। ৱাংঙু মনাক্কী শন্দংখোংনি।*

(২) তোরয় নমসাংমাতি। কাওরেন সনতংখোংও কৌপাতি কতৌনোংকিনো। মৈতেংঙু নিংথৌখোমপাকা লায়ান মরমপুকা হামুন চারা লেপতমনা চকফি হাইকুপ য়িননা কাওরেল সনতংসানা। লায়ান নিংথৌ থানিকপাপু কুমলকও মপারী ঙাসিংপা মরৈপাসুং তারকও হায়না পাউথেমপাপু। লায়ান নিংথৌ থানিকপানা পারীও নপল ঐতি হনু মালৈকা হনপা য়িরেং চলএ চীংলেন য়ৌঙম তানঙমলরোইএ। পারী ঙাসিংপা মরৈপা নপিংঙা কুমলুও হায়না থৌসিরকএ। লায়ান নিংথৌ থানিকপাতি কুমলকতে মপারী ঙাসিংপা মরৈপা অনীমাসু কুমলকএ। মৈতেংঙুনা ঙাসিংপা মরৈপাপু পরয় লানকাসারে। অতুনোংকিপু হামুন চারা লেপতমনৈ পানপী লেপতমপুন চৌরৈ চকফি হাইকুপ সীনা পাউথেমখোংপু ওইরাপাকী কাওরেন সনতংখোংও থোননৈএ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*তুরেলগী অতোংবা লমদম অমদি। কাওরেন শন্দংখোং কৌবদি করিদগীনো। মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগা মনাই লায়ান মরমবুগা তানদুনা লায়ান নিংথৌ থানিকপা মচা নিপা ঙাসিংবা মরৈবা অনীমকসু তমদা কুমলক্রবা হায়দুনা নাপী পান্দোং নৈথেক্লগা মথক্তা ফিনা কুপ্তুনা শন্দং শারগা লায়ান নিংথৌ থানিকপদা শন্দং লৌরনবা হায়খি। লায়ান নিংথৌ থানিকপানা ঐদি অহল ওইবগী শোনবনা কুমবা ঙমলরোই ইপাগী ইবুঙো ঙাসিংবা মরৈবা নখোয় অনী চৎলু হায়না থারকই। মরম অদুদগী নাপী পান্দোং নৈথেক্লগা ফিনা কুপ্তুনা শন্দং লৌরনবা কৌথবা খোং ওইবগী কাওরেন শন্দংখোং কৌখি।*

## শনলাউবা মচীংলেন

হয়রেম কাওরেন সনসেনবা ময়িম সললম লাউপানা কোরৌ নোংচা খুতিংপু কাওরেন মিংথা লাউনা মসন সনপী খোমলকয়ে। অতুনোংকিপু ময়িম সনলাউপা মচীংলেনৱো তৌনা কৌএ।

*(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## শনলান

নুখুবী হাওসললান নুহনবী হাওকোনতা কৌবদি। থাঙঙা চনু নুখুবীগা কম্নোংচনু নুহনবীগনা খাল্লে লৌকুম্বদা। কাওরেন মসনচানা কোরৌ নোংদামদা থবী নোংলেপ্তুনা লাম্নরমএ সনলানও কৌএ।

সনলান থোনমরক্তি । লুব্রাং কাংবা নুঙসনতানবগী কাওরেন মসলচা মানবী লীহেপ্পা কাওরেল কোনতৈবনা লানখিএ হায়বগী সনলান অচন লমও কৌএ। *(লুব্রাংলোন খোংকুন)*

## শনশেনবম লব্রাই

পাখংবা পুরৈরোম্বা অনিনা অঙাং ওইরিঙৈদা চিঙখৈদা শল শেল্লম্বা মফম অদুবু শঞ্জেনবুং হায়রম্বদগী শনশেনবম লব্রাই কৌই। *(সাহিত্য ইতিহাস)*

## শবি লৈরাংশোয়

শবি লৈরাং শোয়ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। মমা তমপাক লৈহৌনুচা লংমাই পায়বং লৌথিবনা খরাই চাংদোনখন শোয়রেন খমমাং লৌ য়ামলা থোংফৈ চীরোনচন শীঙুৎ নাচুংয়ৈনা লুফুই নামথুম্বা শোয়রেন খমঙাকপদা। কোরৌ নুমিৎমদি নুংওক পায়বং চঙয়ে। কোরৌ নুমিৎমদি খুবিং খুবাই চঙয়ে। কোরৌ নুমিৎমদি ঙাতেক ঙানৌ চঙয়ে। কোরৌ নুমিৎমদি ঙাপী ঙারুম চঙয়ে। অদুনোংগীবু লংমাই পায়বং লৌথিবা শোয়েরেন য়ায় শবি লৈরাংশোয় খুবিং খুবাইশোয় নুংওক পায়বংশোয় লেমলৈ ঙাতেক ঙানৌশোয়। ঙাপীঙারুম শোয়ও তৌনা কৌয়ে। *(নোংমাইজীং চীঙোয়রোল)*

*খরাই চাংদোনখন... শীঙুৎ নাচুংয়ৈনা - চুপ য়ুংদুনা, উকৈদুনা শীঙুৎ খারগা পনথিংবা। লুফুই নামথুম্বা- লু থুম্বা। শোয়রেন খমঙাকপদা - শোয় ঙাকপদা। কোরৌ নুমিৎমদি - নোংমগী নুমিৎ অমদি।*

## শমচাই

সমচাইও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কেগে খায়তোল লৌথীবনা য়াংমোম লৈমা থাংতেক অচাবা চনুগা লৈমা নুরাংখামবীগা তানলোয় অনি খাচিকনা লুমলেন অনি খাপাংনানা পালমা নাপাপু। লৈমা নুরাং খামবীবু তরা চানমথীকুম খানঙ নীকলে হায়বগী মদুনিংথৌ খিংখিং হৈরিপুঙচা কাবব্রা লৌথীবা মুকাপ অশৈবা খুলখ্বা য়াংকেলতোংববু থৌনেকখিয়ে। য়াংনুলৈমা নোংপাল থাংতেক অচাপা চনুবু ব্রায়রা মাসাওইনা তাংজ লুরেনতোনবু ককথৎলবগী লাইজ ইপাকথক্তা চাইনা তারে। তাংজ মসম চাইরে সমচাইও তৌনা কৌয়ে। *(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

*শমচাই কৌবদি কবিদগীনো। মোইরাং খায়দোন লৌথীবনা য়াংমোম লৈমা থাংতেক অচাবা চনুগা লৈমা নুরাংখোম্বীগা মতু অনী লোম্নম্মী। মতু নুরাংখোম্বীবু থৌওইনা তৌবীদরবদা শাওদুনা নুরাংখোম্বীনা মগ্না কাবব্রা লৌথীববু য়াংমোম লৈমা হাংনবা নেকখি। কাবব্রা লৌথীবনা য়াংমোম লৈমা নুব্রাং ফাত্তেক অচাবা চনুবু মকোক ককলবদগী ঈশিং মথক্তা মশম চাইনা তারে হায়বগী শমচাই কৌখি।*

## শমচেৎ তোনানচীং

হয়রেম চনুরা অতেংবী লেরা ব্রোনপাই কৌপীকা তয়ম মাকী লাইরেনতোনকা। খুকা নূং সমচেৎনা তাঙচা সমকা নাননা খানলৈ লৌতারকপাপু। খুনপী কাপচাফৈনা নুরা থীকলেন মথানুংতা কাকফৈ চিনকোয় চননা চীকলাপাপু। মোমনু থৌব্রাই মিরেনপায় পলেম মিংথা লাউনা তাঙচা ঙাইখাঙলাপাতা। তয়ম মাকী লাইরেন তোননা কোংয়াং ব্রাকথৌ অথৌপানা খুনপী কাপসাফৈপু খেৎলাপাতা। নুরা থীকলেন মথানুংগী খোমলাং পিসিনতোনপু মালেম লয়তা তানা লেনথরে। তয়ম মাকী লাইরেনতোনপু করম পাঙপুপঙপানো হায়পাকীপু। মনাই নাইপঙচীং কাকফৈ লময়েংচীং সমচেৎ তোনান চীংব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*খুকা নুংসমচেৎনা তাঙচা সমকা নাননা- শমচেৎনা শম হাভুনা। খানলৈ লৌতারকপাপু- লৌকুম্ববু। খুনপী কাপচাফৈনা - কাকফৈনা। নুরা থীকলেন মথানুংতা- মথবাক মখোমদা। চিনকোয় চননা- মচীননা। মোমনু- নুপী। থৌব্রাই মিরেনপায়- থব্রাই ব্রানা। পলেম মিংথা লাউনা - মমা কৌদুনা। তাঙচা ঙাইখাঙলাপাতা-খঙলবদা, পাখৎলবদা। কোংয়াং-ব্রা। ব্রাকথৌ অথৌবনা- ব্রাচেৎ অথৌবনা। খেৎলাপাতা- নাম্বরবদা, লেম্বরবদা। খোমলাং পিসিনতোনপু- খোমবু। মালেম লয়তা তানা লেনথরে- লৈবাক্তা লেম্বদুনা তারে।*

## শমজিলোক

লাংপান ব্রাপান মরূম্মা কোইবা মনুংদা নুংগী মশকওইনা চুরা হামুল তারিবা মতোনদা লাংব্রা পুনশিবা মপান অমনা অহুম থোকনা ব্রা মপান অহুম হৌরিবনে। ব্রারানা শমজি ওইনা শমজিদগী ঈশিং তারিবনে। অদুবু শমজি লোক কৌয়ে। *(নোংপোক লৈহৌচিঙ)*

*শমজিলোক- নোংমাইজিংদা লৈবা লোক অমা।*

## শমসা

হিথেল চংলৈমাতি লোকখানিংথৌ য়েনব্রাইপানা নোংচুপ হাওরোংথেংঙে। হাওরোং কায়পা নিংথৌবু লুরক কাঙতৈথি খৌনাও লোনথোঙ লেললকলাপাতা। তাঙচা মসম ব্রাৎলপাকীতমক ককলৌ মানপল থককী হাতিংথৌ তিংথৌ শংফপাপু হুমতংমনা খাওনা হুয়েল সম সানা পুললকএ। সমসাও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## শরূপৈ

শোল্লোয় নাকপকমদি লংমাই কোকপা তেন্দোংয়াম্না য়াওরৌ শানাবদা শারেন পোৎতমপুনা মরুময়াং অমা তৈনা পৈরমএ। অদুনোংগীবু লংমাই কোকপা শরূপৈ-ও তৌনা কৌএ।

*(নোংমাইজিং চিঙ্গোয়রোল)*

## শল্লান

(১) শল্লান কৌবদি খম্বনা ঈকোঙ্গা কাও ফাবদা শল অদু লানখি। অদুগী শল্লান কৌখি।

*(থাঙ লম্মীংলোন)*

(২) লয়রায় মুংপীমাতি। কেকে মোইরাং খোইরী নামোইয়াং কাওরেন মসনচানা কোরৌ নুমিৎ খুতিং তুরেল মোংপা য়িপু ফৈনা সমনা লানখিএ। নামোই সললানও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## শল্লুকং ফংদব্রাই

শেল্লোয় থেনখাংমদি শল্লুকং ফংদব্রাইও কৌবদি কদৌনোংগীনো। তাংখুল ব্রাইচৈ খুনঙম শঙদা মমাইবা খোইয়ম লাইরম্বুগা নমপোক চৈথংমিনবগা। চরৈ ফিঙৌহোং শংদিং লোনঙৌচিন হাকুম কাওরেন শল্লুকং অকংববু অচেল লোকলৈ হৌনা ফংগবরা ইন্দাল্লকপবু ফংদব্রাইও তৌনা কৌএ।

*(নোংমাইজিং চীংজোয়রোল)*

## শলশেনথোং

খাবা সনসেনথোংও কৌবদি কদৌনোংগীনো। ঙানবা নাহানা থোংসাদরিঙৈ খাবা নাহা সলসেলবনা হাললা সীঙনাং নেমপীনা থোংখোঙওই খীকলোই উসাংনা থোংপাক ওইনা থোংসায়ে। অদুনোংগীবু খাবা সলসেনথোংও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## শংশঙ

কবো মদাইমদি নায়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোম্না শেলবী শিদহৈবু খুনথিনোংদা। শেলবী লমবোইবগা চীংখোঙ পোইরৈতোনগা কোরৌ নোংথিল পোপোপপু শংশঙ ওক্লুরে। অদুনোংগীবু শংশঙও তৌনা কৌয়ে। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

## শাগোল লান

থাঙব্রায় মাদাইমদি শাগোললানও কৌবদি। ব্রাংঙমলোন পানথোইবীনা লাংগোই শাগোল তোংনা লাল্লময়ে। পানথোইবী শাগোললানও তৌনা কৌয়ে । *(থাঙব্রায়রোন)*

## শাঙাই খাম

হাওরৈ লাইনা পাংপারমগী হাওব্রোক লৌপালথোং পামমেল উরাইথেংকী হাওওক সোয়সেলপা হাওনুখম তাইনুচা আমল সীয়ায় চল্লপা চাংচৌ লৈখাকেল লেরা খারোয় তৎলবা য়াওরৌ সাচীরোংনা সাঙাই লাইখং নারকপাপু। মাতাইরেম য়াওরৌ সারমবু মেলনম সাচেলয়াঙনা লাইরেল মৈতেংঙুতা আচেন ওকলৈ হৌনা পাওমেললায়ে। লাইরেন মৈতেংঙুইপুংঙু তাও। অব্রাং লাইনা পাংপারমগী থিংপা মারামসাপু ওইখিরাকানে। হাওরৈ নোংচুপলা পাংপালমদা কাপুই হাওচোঙ নুঙপু সাপু ওইখিরাকানে। হাওরৈ খানা পাংপালম হাওখা চাইরেল সাপু ওইখিরাকানে। হাওরৈ নোংপোকলা পাংপালম তাংখুল চাকোৎ নুঙখিলসা খামপী মৈরিংসাপু ওইখিরাকানে হায়না পাওমেলখোলগী। নয়ু মৈতেংঙুনা লাংকোই খোঙওইননা খুরুপ মানপলহৌ মানলং মরাঙহৌপাপু চৈরোয়ননা লাইরেল থংচীঙ মখোকলাং সৌতি মখুৎসুনা খামনা ফারৌয়ে। লমলেন সাঙাইখাম ও কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*অমলসীয়ায় চম্লপা - শিগদৌরবা। চাংচৌ লৈখাকেন - লৈরাই কিম্বুবা। আচেন ওকলৈহৌনা - চেম্লক্লুনা। লাংকোই খোঙওইননা - শগোল তোংদুনা। খুরুপ .... চৈরোয়ননা - কম্না খৌদুনা। থংচীঙ মখোকলাং - তাখোক। সৌতি মখুংসুনা - কোচি পানবা তা, খামলঙ তানা। ফারৌয়ে - ফাহৌই। মৈতেংঙু -মৈতৈ নিংথৌ।*

## শাঙাইথেল

শাঙাইথেল কৌবদি তাওরোইনাইনা শাওইনা চেল্লকয়ে। লৈমরেন্না ঙাইঙময়ে অদুগী শাঙাইথেল কৌয়ে। *(লম্নীংলোন খুংই)*

## শাচামপাৎ

(১) লংমাই মদাইমা শেল্লোয় মখলমদি শেল্লোয় চীংখোঙ শাচামপাৎ ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কেগে মোইরাংনিংথৌ চীংখু তেলহৈবনা তয়ুম কেগে খুনফাংথৌশিংও। লমলেন ব্রাংদৈ ঈ মরু লাংবুম চীংজাও ঈ কেকে থাংজিং লিব্রা মৈগী মমায় হাওরৈ লাইনা পাংনা চেনবা ঈদি লাইজ ঈবু নিবসু ঈ পীনদে। লোইমোম নাউশোংলরোই। শেল্লোয় নামুংবা লংমাই অপুবা চীং শেল্লোয় নুংখোং ঈ লংমাই নুংলাউ ঈবু তানা খনবা। মদাইরেম অব্রাং কোরৌ নোংলম্বুগা মমাইবা খোইয়ম লাইরম্বুগা অনীমানা শেল্লোয় চুও লাৎলবদি চুইএ। লংমাই শাও লাৎলবদি শাইএ হায়না মালেম লৈন্না অঙাঙবা কোরৌ নোংলুপান অঙৌবগা মেনাং খুচুম কেন্দববু নমদাপোনা অচেন লোকলৈ হৌনা লাইজ ঈনিরুও হায়না থৌশীনোংদা। মমাইবগা লুব্রাং লংমাইবগা অনীমনা মেনাংতনবা শাবু চামনা মালেম লৈন্না অঙাঙবা কোরৌ নোংলুপান অঙৌবগা সনা য়াইগা হুন লুপা কোনগা চম্না কোরৌ লনশারা ব্রাংবন পাউপুরবগা লাইজ ঈনিদনা লাইজ ঈপীনখিএ। অদুনোংগীবু কেকে লাইজ ঈনিব্রাই লংমাই চীংখোঙ শাচামপাৎও তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চীঙোয়রোল)*

(২) কেকে লয়মাপা পুরিকলাহি চীংখু তেলহৈপানা খোইয়ম কৌপা লাকখোংকা চীংঙু খোঙপান ব্রায়রাপাকা। কেকে লয়মাপানা ব্রাহমলকয়ে কেকে য়িমাইপা হয়ু পনমনাউ নঙদি। য়িয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ সেলোই চীংমাপা লংমাই নামুংপা সনা মখোঙখাতা লাইচা য়িনি রুব্রো হায়না থৌসীখোনকী। কেকে মমাইপা হনু পনমনাউনা নোংপোক মালং হুমব্রোইপা সনা মখোঙখাপু য়িনতাললকপাতা। মেনাং তনপা সানামুং মানপী তুরেংকাই অঙৌপাপু কোরৌ মখোয় ফংতাপানা খোইয়ম লাইনা য়াচাতারকএ হায়পাকী মেনাংতনপা তুরেংকাইপু লাইচা য়িতা চামলমএ। অতুনোংগীপু লংমাই চীংখোং সাচামপাৎব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*লাইচা য়িনিরুব্রো- নোং তানবা ইরাৎলু। নোংপোক মালংহুমরোইপা- নোংপোক নিংথৌ। য়িনতাললকপাতা- লাকপদা। মেনাংতনপা ....অঙৌপাপু- হামেং অঙৌববু। কোরৌ মখোয় ফংতাপানা-চাওবা ব্রাৎলিবনা। য়াচাতারকএ- য়ারক্তে। লাইচায়িতা- ঈশিংদা। চামলমএ- চামথোক্লম্মী।*

(৩) চীংঙাগী মখা পাংবা চীংখোঙদা পাৎ অমা লৈবদো শাচামপাৎ কৌএ। মহাক্তি ঙাংলেন পাৎনে। পাম্থোইবীনা শাচামনৈয়ে অদগীদমক শাচামপাৎ কৌয়ে। *(চীংলোন লাইহুই)*

## শাচুনপুঙ

চীংখোঙ পোইরৈতোম্না লোইবি শিদববু খুনথিরকপদা। লোইবী শাচুননিংথৌ শাচং লাংমৈরেমপানা পানফুক পানফোইলৌ শীংখা শীংথুম লৌবু লৌতাঙামপাতা পাওহংখিয়ে। হয়ি চকঙেতা পাথৌ কৌপাতি ইচুমমাও কৌএ। হে ইচুমমাও নংদি কনানো হোইদা ঐদি শাচুননিংথৌ শাচং লাংমৈরেমপানে। ইচমমা নঙতুম কনানো ঐদি চীংখোঙ পোইরৈতোম্নে। শাচং লাংমৈরেম্বাও নংনা পানফুক পানফোই লৌবু লৌ তামানাপা অসিবু কনানো। সানু শাপারা য়োমলোই য়োমতাংলা পাওহংপাপু। য়োমলোই য়োমতাং নৎতে হায়না পাওখুমখিয়ে। য়োমলোই য়োমতাংনারিরোইএ নাতক নামেল মালএ হায়না পাওখুমখিয়ে। হোই চীংখোঙ পোইরৈতোনও সানু শাপানে ইমোম ইম্নুম নাওসংনে পারি তেংকোক লিব্রাইনে হায়না পাওখুম্ববু। তৌয়িগীদি ইচুমমাও ইপারি খাইনায়াম ইমোম তোকনা হকলবগীবু পাওহংবনে হায়থবদা। তৌইগীদি চীংখোঙ পোইরৈতোনও নপারি কোলোই মমিংথোংবু করি কৌবগে হায়ববু। হোইদা ইপারি অমদি চাখা থোংহলবা কৌএ। নংদি অদুগীবু সুকহোং সোইহোংবনে হায়খিয়ে। পারি অমদি শাকাং য়াইথাপা কৌএ। নংদি অদুগী সুকথা সোইথাপানে হায়খিএ। পারি অমদি কাঙতোন লৈনৌবা কৌএ। হোয়দা নংদি অদুগীবু সুকনৌ সোইনৌপানে। পারি অমদি লৈশংখেকব্রাইবা কৌএ। নংদি অদুগী সুকব্রাই সোইব্রাইপানে হায়থবদা। ইচুমমাও ইমোম অমদি খায়োই নুব্রাহল হুইয়াই কোংতিংনু অহলবী হাওচেং লাংমৈনু শাফবী কৌএ। হোইদা ইচুমমাও নংদি অদুগীবু সুকহল সোইহলবনে হায়থবদা। শাচং লাংমৈরেমপানা পাওহংলকয়ে। চীংখোঙ পোইরৈতোনও নামাইবদি করি কৌবনো হায়না পাওহংববু। ইমাইবদি থিকনম ফোইনমপাও কৌএ নংদি অদুগীপু সুকনেম সোইনমবনে। নাথিকাইতি করিনো য়াংকেল নাফানে পাওখুমখিয়ে। নংদি অদুগীবু সুককেল সোইকেলবনে। নামৈয়েঙতি করিনো উপলনে নংদি অদুগীবু সুকপল সোইপলপানে পাওখুন্নবদা। তৌয়িগীদি শাচুন নিংথৌ শাচংলাংমৈরেম্বাও নামাইবদি করি কৌবনো পাওহংববু হোইদা ইমাইবদি থোংনাং কাইপাও কৌএ। ঐদি অদুগীবু সুককাই সোইকাইবনে। নাথিঙকাইতি করি কৌবনো হোয়দা ইথিঙকাইদি উতংনে ঐদি অদুগীবু সুকতাং সোইতাংপানে। নামৈয়েঙতি করিনো তাওচিঙ হৈমিয়ামনে অদুগীবু সুকয়াম সোইয়াম্বনে হায়না পাওখুন্নবদা। তৌয়িগীদি ইচুমমাও নামাইবা থোংনাং কাইপাকা ইমাইপা থিকনম ফোইনম্বগা নাথিঙকাইগা ইথিঙকাইগা নামৈয়েঙগা ইমৈয়েঙগা শিন্নসে হায়না শিন্নরকয়ে। অদুনোংগীবু লোইবী শাচুন পুঙও তৌনা কৌয়ে। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

*পানফুক পানফোইলৌ- পান মাইরেনগীলৌ। শীংখা- য়াম্না শাবা অপিকপা শীং মখল অমা। শীংথুম- মপোপ চাওবা শীং। লৌতাঙাম্বদা- লৌদা থবক শুরম্বদা। পাথৌ কৌবদি - মরুপ কৌবদি। সানু শাপারা - নচা নুপীরা। য়োমলোই য়োমতাংলা- নচা নিপারা। ইপারি খাইনা য়াম ইমোম তোকনা হকলবগীবু- ইচানুপী নিপা শিবা য়াম্নবগীবু। হায়থবদা- হায়রবদা।*

*পোইরৈতোনগী মচা নিপাশিংদি - চাখা থোংহনবা, সাকাং য়াইথাপা, কাঙতোল লৈনৌপা, লৈশং খেকব্রাইবা মচা মরি অসি নহা ওইনা শিখি। লমতেং অহামশোয়দা তাপুংসিঙমিংনবা পোকই। মচানুপীশিংদি - খায়োই নুব্রাহল, হাওতেং লাংমৈনু শাফাপী, হুইয়াই কোংতিংনু।*

## শাচেপ লৌমনলাং

থুম্বী লৈহৌচীং থোনবদা য়েংবীয়ু।

## শাজিং লারোংকোন

ব্রাইথৌ থোনবদা য়েংবীয়ু।

## শাথুম্বী চীং

ঙাইখম মতোন কৌখিবদা য়েংবীয়ু।

## শাবলতোংবা

কৌবরেল অঙাংঙানা কৈ লিংলময়ে হায়বগী কৈফমমল কৌয়ে। কৈ অদুগী মনুংদা শাপল থন্নময়ে। কৌবরেল অঙাংঙাগী মানাই তাপানা শঙই। অদুগী শাবলতোংবা কৌয়ে। *(লম্মীংলোন)*

## শামুককোন

(১) কেগে শামুক কোনও কৌবদি কদৌনোংগীনো হায়রবদা। মপন ব্রাংঙমলোন নাওরেমতোন ব্রাংগোল লাইগরেম্বী য়োইরেন শংনামুংবু ললউনতানবী ব্রাংঙমলোন মব্রাওফাবী লিনগোইগী কেগে মোইরাংনিংথৌ ঙাঙোই উরা খুন্দাবগী কাওরেন মশলচাবু মানবি কোনবু খানা শেল্লময়ে। অদুনোংগীবু কেগে শামুককোনও তৌনা কৌয়ে। *(লৈরোন)*

(২) শামুককোনদি মোইরাংনিংথৌ অকোংজাম্বগী মশল লাংনুপীবু শনশেন হনজবনা পুদুনা লোৎলময়ে হায়বগী শামুককোন কৌয়ে। *(থাঙ্গা ইরাংলোন)*

## শামুথোক

থাঙব্রায় মাদাইমদি লাংগোই শামুথোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাইরেল মৈতিংঙু তাপুংপানা হাওনু লায়াননু শাফাবীগীদমকপু চীংশাং লাংকা মাঙৈদা। তুবী লাংগোই মখুনেৎ লুব্রাংববু হেমবা পম্লোঙ মাঙদা তিলমেল তায়াম হুল। থৌদু নুঙহুলবনা লাংগোই হকতা থিৎনা পাল্লবগী থিঙলৌ নীঙনা তেনা হলব্রাইলকয়ে। অদুনোংগীবু লাংগোই শামুথোকও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

*লাইরেন মৈতিংঙু তপুংপা- খৃঃ ১৩৫৯-১৩৯৪ ফাওবা পাল্লম্বা মৈতৈ নিংথৌ তবুংবা। মৈতৈ নিংথৌ তবুংবনা অরাংলমদা চীংশোং হাওনা ফিবোং চামিলোই ব্রাংগোন পুকৈ লোইবু পিদে হায়দুনা চীংশোংদা লান্দাখিবদা। চীংশোংনিংথৌ খমলাংবনা মতু লারা লাশাংনু শাফবীগী মলোম্না মৈদিংঙু তবুংবগা মনাই অকাংজমচা তোনখৈবগা হাৎখি।*

## শামুবল

গরিবনিব্রাজ বৈষ্ণব থোংনাং মায়াংঙম্বনা সলুঙবাথেন্দা শামু য়াম্না ফাইয়ে। অদুনোংগীবু শামুবলও তৌনা কৌয়ে। *(চকপা খুন্দারোন)*

## শামুরৌ

মোংপা মাতাইমাতি। অতোন থিংপাই নোংমাংপানা খানলে মরৌরেনতা। মাতাইরেম হাওপা য়াংকোই খমলৌ লিতোননা সারেন সাসিনএ। মরুমপী খানিং য়াংতৈনুতি ব্রাংলৈ য়ুসিননৈএ। মথংলেনকী সারেন সানা হেনপারা মরুমপীকী ব্রাংলৈ য়ুনা থোইপারা য়েংনাপাপু। সারেন সানা ব্রাংলে ব্রাংলৈ য়ুনা মৌরে। ব্রাংলৈ য়ুমৌলৌ হায়পাতি কতৌনাকাপানো। থংলেন তাঙচা ইকাইরাকানে সারেন সানা মৌএ হায়রসে হায়খিএ। অদুনোংকিপু সারেন সামৌলৌও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*তোরবান অমদি খুমন থিংবাই নোংমাংবগী লৌদা মনাই হাওবা য়াংকোই খমলৌ লিতোননা শাথোংবগী অশিন অরাং ওই, মতু খানিং য়াংতৈনুনা য়ু পানদুনা শিললাংই। মতৈ মনাও অনীগী শাগা য়ুগা করম্বনা মরাং কায়বনো য়েংনবদা মপুরোইবনা শিনবা শাদি চাবা কোম্নদরে। মতুনা শেম্বা য়ুদি মরাং কায়মন্দুনা থকপদা মৌরে। য়ুমৌলৌ হায়রবদি ইপুরোইবনা ইকাইরগনি অদুনা শানা মৌই হায়রসি। মরম অদুদগী শামৌলৌ হায়বদগী শামুরৌ কৌনখি।*

## শারম লফুপোক

লোইচী ব্রারোইচীংবু নাতৈননা লমলেন শারম লাফুপোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লুব্রাং লোইনাই য়াওশা তানবা শানৌ মচিন মনাওনা লাবা খুমলবু য়াংতৌ শারম লিখিঙে। য়াওরৌ চীরেন তোমপোকপা থৌদু নুংপাক কোইরুব্রানা লানখিয়ে। পুনুং লাপানমসুং পোকলময়ে। অদুনোংগীবু শারম লফুপোকও কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*ব্রারোইচীংগা নক্লনা লৈবা লম্বু শারম লফুপোক কৌখিবদি করিদগীনো। লুব্রাং লোইনাই য়াওশা তানবা মচিন মনাওনা শারম লীদুনা শাদাম্লকপদা মচী তোপ তোম্না নুংপাক্তা লৈবা শানা লানখি, লফুসু হৌরম্মী। মরম অদুদগী শারম লফুপোক কৌখি।*

## শারংবা চীং

লয়রায় মুংপীমাতি। ময়িম লোইপী মারেমনা হেমপানা মীকৌনানা খুচুপ তেংথানানা নোইনু থুমপুতি মচি-ও তৌনা কৌএ। য়াওরৌ সনমপা থোংপাল সাংসানমনা থুম মচিপু চাতে। য়াওরৌ সনমপা সারংও কৌএ। সারংপাচীংও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*লৈরাই অমদি চীংমী মারেম অমসুং খুচুপ কাওবুনাথুম্বু মচী কৌই। শনম্বা ঈশিং অমসুং কংফান্দা লৈবা শানা থুম মচীবু চাদে। শনম্বা কৌবা শাবুসু শারং কৌই অদুগী শারংবা চীং থোনখি।*

## শারাকথোং

শারাকপাল করিগী কৌবনো হায়রবদি। খুরোই চাজেলফবীবু তোকপনা লাকয়ে অদুগী শারাকথোং কৌয়ে। *(নুংলোন)*

## শারাকপাল

মখি লৌথোংপোক্তা য়েংবীয়ু।

### শারিক

(১) নয়ু নিংথৌ ঙাঙোই পুনসিপানা কেকে লৈপাক ঙাকলিঙৈ। কেকে কাইমু য়িমকাপামপাপু সেনপী তমতা তা কপো লমতা কুমনা। সেনপী বুতোয় মপুংয়ায়তা মপল লাংকোই লৈরামপীচা পোইরে খুনেৎশা লুব্রাংপাপু লাংকোই সাতীকলুব্রো হায়না থৌসীখোনকী। কেকে কাইমু য়িমকা পামপানা সেনপী তমতা তানা বুতোয় মপুংয়ায়তা মপল লাংকোই লৈরামপীচাপু লাংকোই সাতীকলুরে হায়তাপারা। সেনপী মপুংয়ায়তাকী কেকে কাইমু য়িমকা পামপাতি লাংকোই লুব্রাংপাপু মাঙব্রোইননা মরান ব্রোনতেরকপাতা। য়োইময়াই তাউতনপানা নুমিৎ থোঙলেন খমলাপাকী লাংকোই লুব্রাংপাপু লেকলময়ে। অদুনোংকীপু সারেকব্রো কৌপাপু কেকেতা ফাথিপানা ঙাঙোই হায়মন তানপানা সারিকব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

(২) লমলেন মদাইমদি সারেকও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কেগে মোইরাংনিংথৌ মদাইরেম মারোং কাইমু ইমকাপামবনা সেলবী তমদা তানা কবো তমদা কুমনা সনা খলগা তম লুপা চাংগা ওননা লাংগোই সাগোন সাতিকলুঙৈদা। য়োইময়াই লাইরেল তাউতলবনা মতাং তেনলবগী লৈনা লেকলময়ে হায়বগীবু সারেকও কৌববু পোইরৈতা ফাথিবনা সারিকও তৌনা কৌয়ে। *(মোইরাং লৈকোই পুণ্ড)*

### শারুপৈ

লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা ইশানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাংও। মোংবা শায়া কোৎচংনবা য়াওরৌ লাবা খুমনবু য়াংদৌ শারমলীসে হায়না ব্রাইরা শাদাল্লকপদা য়াওরৌ ফমহৌশাবু লমওক্লরে। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা য়াওরৌ তুংইন্না তান্নরকপদা খোইমোম শিদবনা পাওমেনঙাময়ে। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবাও নংগী ফমহৌশা অসিনা খোইমোম ঐবু কোইররে তিমেন নখুৎশুবু চৈরৎও। চিংঙু ঐনা য়াওরৌ শাশিং চামাশুনা লনকুবীগে হায়দবরা। ঙাংঙোই য়োইমোংবনা খোইমোম কোলোই ময়াথংকী লাবা খোকলাং মশোল্লম্বু চৈরৎলবদা য়াওরৌ শাশিং চামাশুনা লনকুবীরে। মরু মরাংদি পৈনা থন্নময়ে শারুপৈও থোন্নৈয়ে। *(তুতেংলোন)*

*মোংবা-য়ুম। শায়াকোৎচংনবা- থৌনিনবা, শামু শোঙচঙনবা। খোইমোম-লাই। তিমেন নখুৎশুবু চৈরৎও- নখুৎশুতা লংলগনু। লনকুবীগে- মচাক মরন পীবীগে।*

### শারে

তমপা ব্রাংঙমলোন খাপী লেংনাউমোমপীনা অঙৌপা মশাপিকি মারা মখোংকুলপু ইনতাললকয়ে। খাপা মরালয়ায়কি চকমোম খামপী মৈতাল অরাপাপু শমু খুৎতা থুমলকপাকিপু তমপা শমু মখুৎপাকপু শারে হায়পাকি শারে-ও কৌয়ে। *(পাম্লোইপী খোংকুন)*

### শারেন

নায়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লাংওল্লকপদা থাঙচি য়াতোইলেন শারেন লৈতোইয়াৎ ইব্রান খোয়তৌওৎনা শারেন শাবু লোল্লময়ে শারেনও কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

*থাওচি য়াতোইবেন শারেন লৈতোইয়াৎ- শা শেম্বা। ইরান খোয়তৌওৎনা-চক্ ওত্তুনা।*

## শারোনপুং

লয়রায় মুংপীমাতি। মৈতেংঙু অয়াংপা মতাইরেম খুরাই ওমপা য়াইচা কুরাউপা সাকোন তোংলিপা নাউলেমনা হুয়েল লালসুং ফারকয়ে। য়াওরৌ সাসুং পুমনা মুললকএ। নোংয়াই থিংক্রু কোকচাউ থিংক্রু ঙাংচা থিংক্রু লুতোন কমপোং থব্রা মাইয়িপিচা হাউখুতেক নুংনাং উসোমপা অহুইপা কোনলাংপাপু কায়না হুনলকঙৈতা। য়াওরৌ সানিকিতি সঙাই নানপীচাপু ফারকএ। য়াওরৌ সাসুং হুয়েন লালসুং করম লোননা ফারকপনো ব্রায়রা সারোনপুং হুয়েল লাম্লোনপুংও কৌএ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## শালান

লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবগা মশানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাংগা মোংবা শায়া কোৎচংনবা ব্রাইরা শাদাল্লকপদা য়াওরৌ শানা লানখিয়ে শালান-ও কৌয়ে। *(তুতেংলোন)*

## শায়ামপুং

মৈদিংঙু চলাম্বনা কোংয়াংফাইদা শা য়াম্না ফাইএ। শায়ামপুং থোননৈএ। *(চৈথারোল কুম্বাবা)*

*চলম্বা-খৃ: ১৫৪৫- ১৫৬২ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌনি।*

## শাংয়ি

শাংয়িও কৌবদি কদৌনোংগীনো। খুরোই লিতাংসাং লাইখোং তাপুং চীংজাওরিবু ময়ুম লোইবী মারেমনা খোইমা লিরেনতোলবু শাংও কৌয়ে। শাং পাকনা তাইনা হৌরময়ে। অদুনোংগীবু শাংয়ি-ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*শাংই কৌবদি করিদগীনো। খুরোইগী মতাং শাংবা লী, লাইখোংতাবুং চীংজাওগী লীবু মারেমনা শাং কৌই। শাং পাক্লা শম্না হৌই হায়বদগী শাংই কৌখি।*

## শিগোং লোলয়ামপাৎ

লোলয়ামপাৎও কৌবদি নোংয়াই খুমন নিংথৌ পুন্সিবগী মশানৌ লোনয়াম্বা কৌবনা কোইচারম্মে। অদুনোংগীসুঙ শিগোং লোলয়ামপাৎও কৌয়ে। *(চকপা খুন্দারোন)*

## শ্রিপার লমপাক

লমলেন উরাপিল পাৎলেনকোন শ্রিপার লমমপাকও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহাম্লোং হয়িঙৈগী চীঙঙু শ্রীরাম থোইখোইবগা মসানৌ লখোন লাংচেৎ মথোকলকপগা ঙাইরোইননা মশানৌ সীতা লাইরেম্মগী তাংজা মখোংখুনবু লিরকঙৈদা। থোংনাং লমদম য়েংনা ফমফমলিঙৈদা ইসানৌ সীতা লাইরেম্মগী চেংলৌ সকপানথোং পুনুং লেপ্পানথোংবু করম উদ্রবনো হায়না সোলমোইরম্মে। অদুনোংগীবু উরাপিন পাৎলেনকোন শ্রিপার লমমপাকও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*উরাপিল কৌবা পাংকী অকোইবা মফমবু শ্রিপার লমপাক কৌথিবদি করিদগীনো। থায়না লাইশিংগী মবুংঙো শ্রীরাম অথোইবনা মনাও লক্ষ্মন মথোং কারকপগা লোয়নদুনা মশানৌ সীতা লাইরেম্মবু থিরকপদা ময়াং লমদমশিং য়েংদুনা ফমলিঙৈদা, ঐগী নুংশিজরবী নুপী সীতা লাইরেম্বী ফজবা পুম্বনা তিল্লবী শক্তম, লফু লয়োনগী কুচুগুম্না লেপ্পীগী ফিবম অদুবু উবা ফংদরেকো হায়না মচীন্দা শোল্লম্মী। নুমিৎ অদুদগী হৌনা মফম অদুবু উরাপিন পাংলেনকোন শ্রিপার লমপাকও কৌনখি।*

## শীংজমৈ

ব্রাংগুগ্লোন মুতু চনু লৈশাংথেম লৈমা শীংজাখোনবী কাবু খোম্বী মেন্নোংফাবীনা ঐদি ইপল পালবু পাল্লিঙৈ ইংখোল ফৈরোই খারৌগে। শীংচেপ নানবল খল মালং মচীনথৈ খমগোল মানা নপকে হায়বগী মোইকাই হাপশাশীং কোইরেং লমজাওশীং নেম্বী তাংদলববু নেম্বী ফাময়াম্না শীংনাং তোনকনলৌ নেম্বী চোম্বুল শানা শীংবু লুথোংপোৎপু পৈরময়ে। শীংজাপৈও কৌববু পোইরৈতা ফাথিবনা লাল্লোই শীংজামৈ-ও তৌনা কৌয়ে। *(শল কাও)*

*মুতুম নিঙোন লৈশাংথেম ওংবী শীংজাখোনবী কাবু খোম্বী মেন্নোং ফাবীনা ঐদি ইপা ইমা লৈরিঙৈদা ইংখোল অকোয়বা খাহৌগে হায়দুনা শীংনাং য়ান্দুনা মপুন পুল্লগা পৈরম্মী। শীংজাপৈ কৌববু মৈতৈগী শৈথাবশিংনা শীংজমৈ কৌখি।*

## শীরাংতাং

হেমপা শীরাংতাংও কৌবদি কদৌনোংগীনো। চীংখোঙ পোইরৈতোম্না চীংবুরোয় লাংওল্লকপদা। পাখংচাম্মনা ব্রাইব্রোঙবা নুরা চাম্মনা ফিপুন লুতাথোংনা ফকলোং নাকতা য়েপ্পা খমনুং লাংওনবা সাব্রাই পলকেনববু লমওকনরবদা। লৈমা লৈনাওতাবীনা পাওমেনখিয়ে। শানৌ চীংখোঙ পোইরৈতোনও ইপিঙওানা হেমপা শিতাপাপু খুনথিরকপদি। অমন শিকুমবাতুম লমওক্করে হায়না শোনলমএ। অদুনোংগীবু শীরাং তাংও তৌনা কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্থোক)*

## শীংথা

(১) শীংথা খন্দোম ঈ-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নায়ু নুংবান হোংনেম লুব্রাংনিংথৌ পুন্সিবনা মরুম্বী ইরেম তাইদল লৈমা মোইনু চনুবু হোইথিরুঙৈদা। মপল থারৈ চাম্মোইবনা মমোমগীদমক ললউনলকপবু নেম্বী অরায়বদি নুংদা চল থাপ্লৌ অচালবদি পান্দা থোংনা ললউল্লকপাবু। হয়েং পোইরৈ চাদোম্না কাওদনবাবু শিঙথারমগে হায়দনা। নয়ু নুংবান হোংনেম লুব্রাংনিংথৌ পুন্সিবনা থাংলেন নাপল হাই কাজেং য়োৎহক চন্না নেম্বী মপান ফুক্রা শীংথারময়ে। অদুনোংগীবু লমলেন লোললোয় শীংমিৎথা শীংথা খন্দোম ঈও তৌনা কৌয়ে। শীংথা থোনমারক্তি। হাওকু পাখং আতাম শোয়শেলবা তরুকমাগা য়োয়রুমলোন নুংবান চনু তরুকমাগা কোরৌ নোংগামানাসে হায়না নোংয়াই শীংবি মকুখোক শীংলেন মতাংথেক্লা কোরৌ নোংবুম মঙানিবু শীংথানরময়ে। অদুনোংগী লমলেন লোললোয় শীংমিৎথা শীংথা খন্দোম ঈ-ও তৌনা কৌয়ে। *(হিজিং হিরাও)*

*লুব্রাং খুম্বিবানা কৌবরোন নামোইনু লৌদুনা লুব্রাংনিংথৌ পুন্সিবা পোকই। লুব্রাংনিংথৌ পুন্সিবনা ইরেম নাওশংখু তাইতম্লৈমা মোইনু চনু, যুশিম্লৈমা চীংনুংহাওবা চনু হাওখু লমদং নিংথৌচনু, ঙানুরোন*

*থোংঙাইবা চনু, হাওসি য়াংবচনু, ঙানুরোন খুৎয়াইচেনবী, ইরেম খোংলৈশাংবী, খয়োইরোন ঙানুপুম্বী, নুপী মাপন পামৈ। মরুম্বী- মতু। হোইথিরুঙৈদা -থিরুবদা। নেম্বী- শীংনাং। থাংলেন নাপলহাই- থাংনা নাপী শীংবি হাইদোকপা। কজেং য়োংহকচন- য়োংপাক্লা লৈবাক তৌদুনা। নোঙামানাসে- শিমিম্নসে।*

(২) কোরৌ খোংচোমনুপী খোয়নৌ মাতা তারুকমানা হাউকু আতাম শোয়তা হৈচা অওই থীনাতি নোইনু মারল খালনা লেমলৈ ঙাতিক্কে হায়না মায়াল থৌচৎলকয়ে। মামাল মাচা হাওকু পাখংপা তারুকমানা লমলেন হাওকুশোয়দা লুফুই নাপথুমপা শোয়লেল খমঙাকপাতা খোয়নৌ মাতা তারুকমানা লেমলৈ ঙাতিক্কে হায়না লাকপাতা লমলেল হাওকু শোয়তা লমওক্করে। মথংলেন হাওকু পাখংপা তারুকমানা পাওহংখিয়ে। হে য়োয়পুনাই নুংপাল চানুরাও খোয়নৌ নাতা তারুকমাপু কৌপা য়ারেকও। নুরা চেংকোই মিৎচুপী নাউব্রা খুৎশা আতেংপী নঙখোয়পু আশি কোরৌ নুমিৎমাতি লেমলৈ ঙাচং তামলমলে ব্রালচেংঙাশী ব্রাৎয়ে। খোয়নৌ নাতা তারুকপু কৌপা য়ারেকলমও হায়নাতি পাওথেমপাপু। নুংপাল চানু খোয়নৌ মাতা তারুকমানা পাওখুময়ে। হাওকু পাখংপা আতাম য়ীতম শোয়লৌপা তারুকমাও য়ীখোয় তারুকমাতি কৌপা য়ারেকপাপু ঙমলোইয়ে। য়ীপল নুংপাল আঙনপা য়ীতু লুব্রাং আরেমপানা ব্রাতাথীরঙৈনে। হে য়ীমোম পেম্মা নঙখোয় তারুকমাপু হাওকু শোয়শেলপা য়ীতম শোয়লৌপা লেমলৈ ঙাহা তালপা তারুকমক্কা নুরা খুতৈ মায়তৈনা চোমলাং কাওপী ললহোংনানা লমলক লুথুমনা শোয়খোঙ তাইথেৎনা নুরা কুমচিং পালৈথোক মানুং থোংকা পালৈনা শিঙঙেল শেৎথানা লৈরাং খাইথানাপা মাললে হায়না খুৎপুন লানলোয়থা শমলাং তোনকাচিংনা ব্রাওইপা য়ীপল কনহৌ নিকপাপু শোংকিয়ে। লেমলৈ ঙাচং তামলাপাসুং ব্রালচেং ঙাশী ব্রাৎলাপাসু য়ীরাল অমারকপু য়াঙনা হলব্রায়লুখিকে হায়না পাওখুমপাপু। নুংপাল চানুরা মাতা তারুকমাও। চেংলৌ শক্কোয় হেনপী পুকনুংলিলনা ঙালপীশিংও। নেম নেম কায়কী নেমতমলকপী খোয়নৌ লংচাককুম মাপুমলকপী নঙখোয়পু কোরৌ ফুয়মানাসে ব্রাংপল চিলমালনাসে নাপাম নুংপালনা ব্রাহায়না নাতু লুব্রাংনা মীকৌননা য়ীশঙ লৈনা শাপাপুতি ঙাংশঙ-ও তৌনা কৌয়ে। লমশঙ লৈনা শাপাপুতি কায়াংলৈও তৌনা কৌয়ে। য়ীশঙ লৈনাশা ঙাংশঙ লৈনা শেম কায়িং কায়াংশঙ অসিতা নুংশি মাখে ফংনাতি ব্রাহায় মাতোল লোম্নতি কোরৌ নোংরেপমানাশে হায়না অনৌপা নুংশি পুক্লিঙ চঙনা পাউথেমপাপু হোয়য়ারাপাকি শমু খুৎঙমথিনা কৌপা য়ারেক্কে চিঙনুং নোংকাশোয়রে। য়োয়পুনাই নুংপাল আঙনপা চানু তারুকমাও। নাপল পম্মৌ নিংথৌ পল্লেম নামা পোকমাবীনা খুৎতুম লাল্লোয়থা শন্নাং তোলকা চিংলাপাতি নামাল মাচা য়ীখোয় হাওকু পাখংপা তারুকমা য়ীখোয়কা নুরা তারুকমা নঙখোয়কা য়ীখোই তারানিথোইমকপু চিঙঙু নোংথৌ সোরারেল অব্রাং পাখং য়োয়রেলপাকি সনা মখোঙখাতাতি কোরৌনোংপু কামানাসে হায়নাতি। কোরৌ নুমিৎ মঙানিপু শুরপাকা লমলেন মাতাইমা নুংপাল হোঙনেম লুব্রাংনিংথৌ পুনশিপানা লীলী তেন্তোং মখুৎশুবু লাইচা য়ীকা হালনা পামেল উ কালকথক্কা য়াম্না ব্রায়কোইপা লমতা পাথান লাইচা য়ীপুকশোক নুংপাল তেন্তোংয়ানতা পোইরৈ লম্মু য়েংমানাসে। নামাল মাচা য়ীখোয় তারুকমাসুং তেকপীওকপু খুয়ৌলাকরক্কে হায়না কোরৌ নুমিৎ মঙানিপু শমু খুৎফাংচাংচৌ মঙাপু থেক্লা শিঙথানারময়ে। অতুনোংকিপু শিঙথাও তৌনা কৌয়ে।

*(খোংজোমনুপী নোংকারোল)*

*খোংচোমনুপী মতা তরুক্কী মমিং- (১) লুরাং পুন্সিবা চনু (২) খোমখোক মারৈমাপা চনু (৩) তোংচেং নুরাপী (৪) ইণ্ডেল নুরাপী (৫) ঙালনুরোল লৌশিকাম চনু (৬) লুরাংপুতাংখোয় খুৎখোয়পা চনু লৈমা য়াংতৌ অতাউবী।*

*হাওকু তরুক্কী মমিং- (১) হাওকুক হুয়ওক ব্রালবা (২) আতাম শোয়শেনপা (৩) মুইয়িম য়াইশিঙ লোয় (৪) হাওকু পাখং (৫) হাওকুচা হুয়য়ু ওকরানবা (৬) হাওকু লুফুইনাপ কৌই।*

## শীংথা লুথোংঈ

শীংথা লুথোংয়ি কৌবদি কদৌনোংগীনো হায়রবদি হোঙনেম লুৱাংনিংথৌ পুন্সিবনা মরুম্বী ঈরেম তাইদল লৈমা মোইনু চনুবু মপন থরৈ চমোইবনা পোকপী লেমলৈ ঙামোইবনা য়েনবী লুৱাংমন্দংহনবনা মনচৎঙৈ লাইজা পুরানয়াংনা পাউকৌঙৈদা। শীংনাংনেম্বী অরায়ববু লুদাথোংনা মনচৎলকএ। অদুনোংগীবু শীংথা লুথোংঈ-ও তৌনা কৌএ। *(লাঙ্গোন চীঙ্গোয়রোল)*

*শীংথা- শীংথা তুরেল। য়েনবী-পোকপী। মনচৎঙৈ-মমল পিবা চৎঙৈ। নেম্বী- শীংনাং। লুদাথোংনা-কোক্তা পুদুনা।*

## শুগু

(১) সুকুনু য়িৱাইতাৱো কৌপাতি কতৌনোংকিনো। নুংপাল হোঙনেম লুৱাংনিংথৌ পুনসিপা মতাইরেম লয়থিন নোংথিনয়াঙতি লাইচা য়িখৌলাংনা লাইচা য়িরংচাউকী য়িৱাললুপাপু। লাইচা ময়েংতা উনিঙ খাকোয় কংলাপাকী য়াংকোই মোংপা য়িপু সোকনা লাইচা য়িনোৎলকএ। অতুনোংকিপু সুকুনু য়িৱাইতাৱো কৌপাপু পোইরৈতা ফাথিপানা ৱাংঙম হায়মন তানপানা সুকুনু য়িৱাইতাৱো কৌএ।
*(মোইৱাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

(২) হিথেল চংলৈমাতি সুকুনু য়িৱাইথাও কৌপাতি। হোংনেম লুৱাংনিংথৌ পুনসিপা মতাইরেম লয়থিন নোংথিনয়াঙ হাওকু চৱাইয়াঙ হাওকুতেক নানমপা পনচেনথোং লাংওনপা। নুংপাল ময়িমনাক লুৱাং মসাইকোনপু চেনচিনয়াঙপা সৱা কৈফাকে খোমলেন মঙখৈননা পানপা কৈফা মঙনপা। হুয়েল লানফাকে য়িনুংসোয়য়াইমাতা হুয়েল লানফা মঙনপা। পনচেনথোং লাংওনপানা লাইচা ইরং য়িয়াচাউর্কী উনিং তাংমা ককনা য়িৱাললকপাপু লাইচা ময়েং তারে হায়না তুরেল মোংপায়িপু সোকলকএ। অতুনোংকিপু সোককুনু ও কৌপাপু পোইরৈতা ফাথিপানা সুকুনুয়িৱাইথাও তৌনা কৌএ।
*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*পুয়াঅনীদা য়াওবা শুগু থোনবগী ৱারী অসি মফম অমসুং মতম চপ মান্নে। শুগু ঈৱাইতা কৌবদি করিদগীনো। লুৱাংনিংথৌ পুন্সিবগী মনাই লৈথিন নোংথিনয়াঙনা ঈশিং য়াম্না পাম্না ঈপাক অচৌবদগী ঈশিং শোক্লুবদা উতোংগী ঈশিং ময়েং তারবগী তুরেলগী ঈশিং অমুক শোক্লকই। মরম অদুগীবু শুগু ঈৱাইতা হায়না থোনখি।*

*লৈরাই অমবু শুগু ঈৱাইতা কৌখিবদি। লুৱাংনিংথৌ পুন্সিবগী মদাইরেম লৈথিন নোংথিনয়াঙ হাওকু চৱাইয়াঙ হাওকুতেক নানম্বা পনচেনথোং লাংওনবা লুৱাং লমদা চেনশিনবা থুবনা অহিং তুম্বদা কৈ*

*ফাবগী মও মওগে খনবদা কৈ ফাবগী মওবা, লাল ফাগে খল্লগা লান ফাবগী মওবা পনচেনখোং লাংওনবনা অচৌবা ঈশিং ঈপাক্তগী উতোংদা ঈশিং শোক্লকপবু ঈশিং ময়েং তাবদগী তুরেলগী ঈশিং শোক্লকই হায়বদগী সোককুনু কৌববু মৈতৈ শৈথাবশিংনা শুগু ঈব্রাইতা থোনখি।*

## শেক্তা

থাংব্রাই মার নিংথৌ ওংলৌতোম্না (কোংলৌতোন) লাঙোই শামদোন অয়াংববু তাম্নরকপদা লম শাংনা তাম্নরকপদগী লাঙোই শগোল মশেক তাদুনা কম্না চেনবা ঙমদবদগী ফারে। লাঙোই মশেক তারে হায়দুনা মফম অদু শেক্তা কৌনখি। *(লম্মীংলোন)*

## শেরাংবা খোংলেন হেমদৌখোং

শেলোয় মদাইমা লংমাই মখলমদি শীংলেন লৈমিংনবা শেরাংবা খোংলেন হেমদৌয়াইও কৌবদি কদৌনোংগীনো হায়বদি। লংমাই শেরাংবা কৌবনা য়ামলা খোংফৈ চিরোনচন শীংভুৎ নাচুংয়ৈ খারায় চাংদোনখন শোয়রেন খমফকলৌ লুফুই নামথুমনা লেমলৈ অকুম্ববু নানমএ ব্রানজেং অকাববু থৌখামএ। অদুনোংগীবু লংমাই শেরাংবা খোংলেন হেমদৌখোংও তৌনা কৌএ। লংমাই শেরাংবা খোংলেন হেমদৌয়াইনে। *(নোংমাইজিং চীঙোয়রোল)*

*নোংমাইজীংগী লমদম অমবু লৈগী মমিং লৌবা শেরাংবা খোংলেন হেমদৌয়াই কৌবদি করিদগীনো। লংমাই শেরাংবনা শোয় শেমদুনা লুথুম্বদা অকা অকুম অনীমক্কী ঙা ফাই। মরম অদুদগী লংমাই শেরাংবা খোংলেন হেমদৌখোং কৌখি।*

## শেরেম পাৎ

শেল্লোয় মখলমদি লংমাই শেরেমপাৎও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লংমাই লৈতোংবা তাল্লোয় মরুম্বী শেরাংনু কোল্লাং নাশিবগী চোমলাং মায়কোয় হেনবীনা য়াম্বী খুত্তাপায় ব্রাইরৌ খ্বাঙদা থাঙনা লেমলৈ ঙারংতান ফুমদি নাতৈ কাঙবদা লাইজ ঈদা নোংমল্লে। অদুনোংগীবু লংমাই শেরেমপাৎও তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চীঙোয়রোল)*

*নোংমাইজিংগী লমদম অমবু শেরেমপাৎ কৌখিবদি করিদগীনো। লংমাই লৈতোংবগী নুপী, মনাদা য়ানবা চোমলাংনা মায়খোঙ হেম্না ফজহনবী শেরাংনুনা খ্বাঙদা তুঙোল য়াল্লগা লোং খোনবদা ঈশিংদা শিরে। মরম অদুদগী মফম অদু শেরেমপাৎ কৌখি।*

## শেরৌ

লৈবাক অমদি নিংথৌগী মফমদা লংজরবা মরালনা মপোৎ ফাদুনা হাৎপা তারবা অদুগুম্বা মীশিং অদু শুগুদা লোই থাই। নিংথৌনা লম লমদগী হাপ্না হঞ্জবা ১২ দা পাউ চেন্দুনা হঞ্জবা খুদিংবু মখুত্তা পয়া পুলহল্লি। অহানবদা লৈশাংখোংদগী হৌনা মখুত্তা পৈয়া পুন্দুনা ইঙৌ খোংবান পরিং লাকপদা লমখাংদা ঙাইদুনা লৈরম্বা হঞ্জবশিংনা মাগী মাগী পৈয়া অমমম পুল্লদুনা থারক্লগা শুগু হেক য়ৌবা ফাওবাদা পৈয়া ১১ শুনা পুল্লকই। শুগু য়ৌরবদা শুগু হঞ্জবনা মীগী থৌদাং পৈয়া অমা পুল্লগা পৈয়া ১২ শুনা পুল্লবা মী অদু মীহাৎপশিংগী মখুত্তা পিথোকখি। মীহাৎপশিংনা চীংজকোক চীংদগী

শিংজংখোক য়ান্দুনা পৈয়া ১২ সুনা পুন্নবা মী অদু শিংজংখোক্লা থাদুনা হাৎলগা শুরুং মনুংদা ইস্থখি। মীহাৎপনা শুরুংদা 'শে' হায়না ইস্থখিবা অশিববু লাইনা খুৎশিন্নবা লৌই। মীনা শে পিবা লাইনা লৌই হায়দুনা মফম অদু শেরৌ কৌনখি। *(লম্মীৎলোন)*

## শেলবী তাইচিঙলেন কবো শারেল তেখাউরৈ

লোইবী মদাইমদি শেলবী তাইচিঙলেন কবো শারেন তেখাও লৈও কৌবদি কদৌনোংগীনো। ইয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোম্না মতৈলৈমা লৈনাউতাবীবু শারেন য়েৎনা লামনা কৌরময়ে। অদুনোংগীবু শেলবী তাইচিঙলেন কবো শারেল তেখাউরৈ-ও তৌনা কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

## শেল্লোন খারাইপুঙ

খারম মদাইমদি নয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোম্না মপারি খাইনা য়াম মমোম তোকনা হকলবগীদমক মসাবী লৈমা লৈনাওতাবীবু ব্রাওইখিয়ে। ইসাবী মৈতৈলৈমা নঙদি ইসাবী লৈনুং থাব্রারেন অহনবগী তাল্লোই অখুবী লুমলেন অতোনবী অহিং তরা চাথোৎপী নোংথিল শংলৌ য়েল্লাংবীবু ওইএ হায়বা নত্তবরা। সাব্রাই কংপুঙফাবা চিঙচিন চাখা চীংমৈশাং মরিং সনখোঙচিঙদা পানবা য়েন। সনখোঙ তাইমায়েন নারবসুঙ শিদবা শিরবসুঙ পুমদবা। হৌজিক শিরবসুঙ হৌরেল হিঙবা । হৌরেল শিরবসুঙ হয়েং হিংবা য়েনবু করিগী থৌকাওরমবনো। পারি খাইনায়াম ইমোম তোকনা হকলে সাবী ইপিঙঙাসুঙ খাইনবরা খঙদে হায়না। তরেৎ খোয়দোঙবা শেলচাউ পাললোংববু লোননা ফুমলময়ে। অদুনোংগীবু শেল্লোল খারাইপুঙও তৌনা কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

## শেল্লোয় লীকচেনলম লংমাই লীকব্রাইরম

শেল্লোয় মদাইমা লংমাই মখলমদি। শেল্লোয় লীকচেল্লম লংমাই লীকব্রাইরমও কৌবদি কদৌনোংগীনো। খুমন খোংগনয়াঙ অয়াঙবনা লংমাই পাইবং লৌথিবগী লীকলাং মনুংচঙবু খারায় চাংদোনথক্কী লীকলাং চেনব্রাইনা অচেন লোকলৈহৌনা লংমাই লীকব্রাইথরকএ। অদুনোংগীবু শেল্লোয় লীকচেনলম লংমাই লীকব্রাইরমও থোম্নেএ। *(নোংমাইজিং চীঙোয়রোল)*

## শেলুংখোং

শেলুংখোং কৌবদি হাওবম শেলুংবনা তৌরমএ। অদুগী শেলুংখোং কৌএ। *(থাঙ লম্মীৎলোন)*

## শোইরেন চাবিলোক

শোইরেন চাবিলোকও কৌবদি হোঙনেম লুব্রাংনিংথৌ পুন্সিবনা চামু লুকমাতৈ চাকঙৌ লুকসু লুকমাতৈনা হোঙনেমঙৈদা। তরা চাকপু ঙৌনা তারমমে লাইজা ঈদসুং তারমমে। অদুনোংগীবু শোইরেন চাবিলোকও তৌনা কৌএ। *(লাঙোন চীঙোয়রোল)*

*চামু- চাহাউ অমুবগী চাক। লুকমাতৈ- চাক শেম্বা।*

## শোনমোইতাক

**হাওরৈ নোংপোক খানা পাংবরম লোয়য়ম ঙালবা নাহা সরা লাইহাৎকোল। মচললৈমা মচিঙজিন মনীংলৈমা শোনমোইতাকও কৌবদি কদৌনোংগীনো। মৈতেংঙুচা নাওহল অহলবা চনু ব্রাংঙমলোন খোইঙাইথোংনা মরান লুহোং খোঙদোংলকপদা। লোইবী চিঙচারোয় মরৈমাবীনা ইনিং লায়োনও কৌঙাময়ে। ব্রাংঙমলোন খোংঙাইথোঙনা লোইবী অশোয়বী হেম্বা অমাংবী নংনদি করিগী ইনিং লায়োনও কৌরকো হায়না শোলমোইরময়ে। অদুনোংগীবু মচন লৈমা মচিঙচিন মনীংলৈমা শোনমোইতাকও তৌনা কৌয়ে।** *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*ঙালবা নাহা- ঙালবা কাঙলুপকী নহা। লাইহাৎ কোল- লাই হাংপা মফম। মৈতেংঙুচা- মৈতৈ নিংথৌমচা। নাওহল- মৈতৈ নিংথৌ উরা কোন্থৌবনা (খৃ: ৫৬৮-৬৫৮) খাবরোন নোংজাগু পামদুনা পোকপনি নিংথৌ ওইখিদে। চিঙচারোয় মরৈমাবীনা- চিঙচারোয় খুনগী লৈমরেম্না। কৌরকো - কৌবনো।*

## শোংলেন পানখোকপোক

**কেগে শোংলেন অথৌবগা অদোন য়াইথিং অয়ম্বগা হুয়েন লান শীংনখিয়ে। মোইরাং শোংলেন অথৌবদি কাওরেন মপা তাম মানবী মতুক হাঙবা শনগুম্বনিগীনা নোংয়ায় তাংশক্তা খুমন মীথাদবগী মরোং চুংশুদা তিমেন তাশুদনা হুয়েন লান্দারকয়ে। অদোন য়াইথিংঅয়ম্বদি নোংপোক খেবানথোং নান্দেবা কম্বোং নাতের শিনহৈবা মখুৎশা চুংলেন নানীলোঙবা লাল্লোই অখমচুংবু ওইনা চুংশেম্না লীরি থম্মোইতিং লকা তেনমৈ লাকনা ব্রায়রা তেনথাখিববু। পাখং ব্রায়রা মতেনচা ব্রাইকৌ চিনীলোঙবনা থবাক মংহক থেৎলে। অদুনোংগীবু শোংলেন পানখোক পোকও থোম্নেয়ে।** *(চায়নরোন)*

*অয়ম্বা-পাংদবা। মানবী- শল। মতুক হাঙবা- মপা লৈতবা। তাংশক্তা- কিদবা, উশিত্তবা। মরোংচুংশুদা- চুং পায়দনা। তিমেন তাশুদনা- তা পায়দনা। ব্রায়রা তেনথাখিববু- তেন কাপখিববু। ব্রাইকৌ চিনীলোঙবা- তেনজৈ মচীন অনী ফাংবা। থোম্নেয়ে - কৌনৈ।*

## সনাথোইবী সোয়

কেকে মোইরাংলৈমা নোংপাললোন সনাথোইবীনা খরায় চাংদোনখল সোয়রেন খমখাং লৌনা সোয়রৌএ। সনাথোইবী সোয়ও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## সনাপাৎ

লংমাই মখলমা ব্রাইরং সনাপাৎও কৌবদি কদৌনোংগীনো। অদোন নোংয়ায় খুমনলৈমা নোংবাল্লোন পিশমলোক মপাম শেল্লোয়না মীকৌনা মদু লংমাইনা তেংথানা শম্বুদি খিংখিংও কৌএ। শমজিবুদি কাইনৌ পুলৈও কৌএ। খিংখিং কাইনৌ পুলৈ মশমজিবু খোইমোম লাইওক্লনে হায়না চৈরেফিনা য়োমনা য়োয়চাম্নখিয়ে। অদুনোংগীবু নোংবাল্লোন কাইনৌ পিশময়োকও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় খুমনলৈমা নোংবাল্লোন কাইনৌ পিশময়োকফাবদা কাওজানৈএ। মরান লুহোং খোংদোংলকপদা লাইজ ঈরানবদা শমু খুনাওতোনগী কোল্লোয় মখুদোপপু মাঙলৌরে। অদুনোংগীবু রাইরং সনামাঙও কৌববু পোইরে তাবাথিবনা লমলেন ব্রাইরং সনাপাৎও তৌনা কৌএ। *(নোংমাইজিং চীঙোয়রোল)*

## সনালেম্বীপলসাং

লমলেন মদাইমদি সনালেম্বী পলসাং কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাহল্লোং নিংথৌ পুথিবা মমোমলোন সৌবোল য়াইরেল চনু সনা খোংনাংলৈমা সানৌ মচিন মনাওনা চৎখি হায়বগী সনালেম্বী পলসাং কৌয়ে। *(মোইরাং লম্মীংলোন)*

## সরপুং

লাহলনোং হয়িঙৈদা খাবা তৌওৎনকে ওৎঙমদ য়াংবা কাম্বা হায়গে হায়দঙৈ। লোল্লাং পাখংবা খাবা চেপলোইনবনা উগনি য়াংবা লোইখোইবনা খঙগনি হায়না অব্রাং কোরৌ নোংমদবু তুবি লোনচৎননা সালথুপঙৈ। হেম্বা হরাও মচেৎমনা তরা চেংমচংবু চীপুং সানা কারৈ ময়েনচাবুদি সরপাইও কৌএ। সরপাই ফামনা পৈনা চেন্না তান্না লমব্রোকঙমএ। অদুনোংগীবু ময়িম লোইবী হরাও মনিল নাইবনা সরপুংও কৌএ।

হেম্না মচেৎমনা তুবী কোরৌ নোংমবু তিংনা সাংনা সোম্না সুক্লা পুরুমগুমএ। অদুনোংগীবু তিংসোংও কৌএ। মরাম ঙামচৌ খুললেনলেএ কৌবদি। হেম্না মচেৎমনা লৈনুং লোনচা অরিবা লোল্লাং পাখংববু লোইবী খুয়ৌ ঙামচৌহল্লনা চেন্না চেন্না য়োকঙমএ। অদুনোংগীবু লোইবী ঙামচৌ খুললেন লৈ-ও কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*চীংপুংসানা-মতোন তুম্না পৈখৎপা, খোমজিনবা। কাইরৈ-য়েন। ফামনা পৈনা-মরং কায়না পৈবা। খুয়ৌ ঙমচৌহল্লনা-খোঙকাপ লাওনা থাংদুনা।*

## সলতুম

ফুমলৌ থোনখিবদা য়েংবীয়ু।

## সংনাও

সংনাও-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লোইবী কোল্লোক মপুংয়াইগী হেম্না মচেৎখাইনা খুন্দাববু সংও কৌএ। লোইবী হেম্না ময়েল্লুবু নাওও কৌএ। অদুনোংগীবু সংনাও-ও কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## সাইরেম য়াকপিরোল

লোইবি মদাইম হেমপা মখনমাপু সাইরেম য়াকপিরোল ও কৌবদি। চীংখোঙ পোইরৈতোম্না মতৈলৈমা লৈমা লৈনাউতাবীবু ব্রাওইখিয়ে। শাবি ইতৈ লৈমাও নংদি শনথোঙ অইময়েন অখোম শীংঙুৎয়েন নারবসুঙ শিদবা শিরবসুঙ পুমদবা য়েনবু নংনা থৌকাউরমলবগীদমক। পোইরৈ শিদা হৈ ব্রাংঙম নাদহৈবু খুনথিবনিগীনা চৈরৈ অসেৎকম মাল্লৌ অয়িলকমপু লৈতরে হায়না ব্রাওইখিয়ে। মৈতৈ লৈমা লৈনাউতাবীনা তাঙচা ইকাইখি হুইয়াই সেনকোইখিয়ে। হয়িঙৈ ইকাইববু আয়াকপা-ও কৌয়ে। অদুনোংগীবু সাইরেম য়াকপিরোল ও তৌনা কৌএ। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

*চৈরৈ অশেৎকম মাল্লৌ অয়িলকমপু লৈতরে - শেৎন ইম্নবা ফি লৈতরে।*

## সামনতাক

তোরয় নমসাংমাতি। য়িপু খমপা য়ুফে কোনপানা কয়কানানা তানা খলএ। লাইচা মহীথেলকী খানিং মিকৌখৎলকয়ে। কেকে মোইরাং সামনপানা খরায় চাংতোলখল সোয়রেন খমখাংলৌনা সোইসেনএ। কেকে সামনতাকও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## সারৈ

লমলেন মদাইমদি নায়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোম্না চীংবুরোই লাংওল্লকপদা। চীংনুং সারৈলাবু চীংশাং নাকপাকথম্না পোকঙময়ে। নোংপোক সারৈ চীংও কৌয়ে। *(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

## সারৌ অফৌ ইলেনমৈ

সারৌ অফৌ য়িলেনমৈ কৌবদি কদৌনোংগীনো। সারৌ ঙারৌবু চোংলেন য়িলচম খাননা পুকপু লিনবু তৈনা ফৌরমএ। অদুনোংগীবু সারৌ অফৌ য়িলেনমৈও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*চোংলেন য়িলচম খাননা-চোং অশৌবা খন্দুনা। পুকপু লিনবু তৈনা যৌরমএ-মবুক মরিন তোঙাম্না ফৌরম্মী। সারৌঙারৌ - অরৌবা শা-ঙা।*

## সাব্রাসঙ কৈথেকপাল

সাব্রা সঙ কৈথেকপালও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাহলনোং হয়িঙৈদা কেকেনা মীকৌনা মোইরাংনা মীকৌনবদি উচেকপু সাব্রাও কৌএ। পোনবী উচেক অচঙববু ইশঙ লৈনাশানা লমশঙ লৈনা খলনা শুন্নববু পানবা কৈনা থেকলে হায়বগীবু। সাব্রাসঙ কৈথেকপালও তৌনা কৌএ।

*(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

## সায়া

সায়াও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লোইবী মনিংথৌবু সায়াও কৌএ। অদুনোংগীবু ময়িম লোইবী মনিল নাইবনা সায়াও থোম্নৈএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## সায়ান

মৈতিংঙু লোইনাই খুয়োমবা মদাইরেম থীংপাই পুনেম শাফাববু নোংয়ায় হাওচা লালপাম্বা ইংলেন লৌপাম্বা খোংচা পুঙপাম্বা হৈরাং খোংপাম্বনা মশা মহাক তোয়না য়াম্লে সায়ানও কৌএ।

*(লুরাংলোন খোং কুন)*

## সাংতে ঙাইনুপী লানকৌচীং

নয়ু নিংথৌ কেকে লয়মাপাতি (পুরিক্লাই উরা খুন্দাবা) নুংঙাই মরাং কায় লৈপাক মনিন নাইনা পাল্লমঙৈ। নোংচুপ কোংয়াংমনিংথৌ খাইচেন অহনপানা কেকে পুরিক্লাই নিংথৌ সনা মখোঙখাতা মানপী খুতপনা মুকমু লৈতোনকোন চাংচৌ চেপনা লোননা ব্রাকৎচরকয়ে। য়িব্রাং পুরিকলাই কেকে লয়কোইফমপা য়িপুংঙু তাউব্রো। হাওনু তোমসোন লংমাইনু সাংতে ঙাইনুপীপু তালোয় য়িলুমপীবু ব্রোইনাকে হায়না পুরুমচারকপা ব্রাকী। সাংতে ঙাইনুপীপু নোংচুপ কোংয়াং মনিংথৌ খাইচেন অহনপাতা লনকুপিরে হায়তাপারা। অতুনোংকি নোংচুপ কোংয়াং মপুংয়ায়তা খাইচেন অহনপাকা সাংতে ঙাইনুপীকা য়াংকোইমন্নাখিরে। কোরৌ নোং অমতাতুম কোংয়াং খাইচেন অহনপাপু মসানৌ খোমফাং অতোনপাকা য়ৈনারাপাকী নোংমললে। কোংয়াং মপুংয়াইতা য়াংকোইরিপী হাওনু তোমসোন লংমাইনুনা হুয়েল লালপাউ চেল্লকচৈএ। কেকে লয়মাপা ঙাংঙোই পোংলেনহনপা য়িপুংঙু তাউব্রো। থংলেন খাইচেন অহনপাপু মসানৌ খোমফাং অতোনপানা য়ৈনারাপাকীপু নোংমললে। কেকে নাহাচাকু ম নাউয়োকপী মোইরাং নমোমলোনকুম লাংকোনপী ঙাঙোই তরা চাকনা য়োইব্রোইরকপীনে হায়পাপু খঙপিতে। নাতাইরেম কেকে থায়াঙ কোনতাইলোনপা পুমনা হৌনা নোংচুপ কোংয়াং মপুংয়ায়তা চকমোম খামপী মৈহৌথারম লাউব্রো হায়না লানকৌখিএ। অতুনোংকিপু হাওনু তোমসোন লংমাইনু সাংতে ঙাইনুপী লানকৌচীংব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মোইরাং নিংথৌ উরা খুন্দাবনা লোকখা হাওখা লান্দাবদা ঙমদুনা হাওনু তোমসোল লংমাইনু সাংতে ঙাইনুপীবু ফারক্লুনা নিংথৌনা মচাঙম্না য়োকচখি।*

## সিকোং

লোইমোম ফৌওইবী খোইনৌ মতা মরিমক্লা ঙাংনখিয়ে। হে ইতাওশিংও খোইনৌ ইতা তোইবী কোনমিংনবী কোল্লাংনুবু লাকপরা হায়না য়েংববু লাকতরে। অসাইঙৈগী তুবী অঙনবা লাইরেন অরেম্ববু ইল্লকপরা হায়না কোংনা কোংনা য়েংলময়ে। অদুনোংগীবু সিকোং-ও খোম্নরময়ে। *(ফৌওইবী ব্রারোল)*

## সিথিপুর

লমলেন সিথিপুর ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাহাননোং হয়িঙৈ ময়াং হলনুমাম্লেকারবী পাসোল পুল্লাং নাঙ্তা য়েম্লীনা লাইজ য়িপাল লাংঙৈদা বোরাক লাইজয়িরম য়িলনা চীংঙু নোংপোক মহাদেব তাংজা ঙঙকোইনবনা থৌদু নুংপাকথঙ্তা তোংনা লাইজ য়িরোইনা তাউথঙৈ। হে হলনু লাইজ য়িপাল লাংবীও। চীংঙঙু য়িখোঙখা থৌদু নুঙপাকথক্কী ব্রাংনুরোল সমফাবী লেমলৈ ঙাপুম অহুম্মা অসিবু লৌজখিও হায়না পাওকৌব্রাগী হলনু লাইজ য়িসোকপী লেমলৈ ঙা খুল্লুঙৈদা চীঙঙু খোইমোম মরলকুগী নুরা নুহৌ তোংকুমপাপু তানফংলে। চীংঙু মরলকুগী থোংনাং ময়াংনা সিহি-ও কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*হলনুমাম্লেকারবী-অহল ওইরবী। পুল্লাং-ঈশিং পুল। লাইজ য়িপাল লাংঙৈদা - ঈশিং শোকপদা। বোরাক লাইজ-বরাক তুরেলগী ঈশিং। য়িরম য়িলনা-ঈশিংনা চেম্ব্থিবা মতুং ইন্না। তাংজা ঙঙকোইনবনা-মঙঙ্তা লিন য়েৎপনা। ব্রাংনুরোল সমফাবী-খজিং। নুরা নুহৌ তোংকুমপাপু তানফংলে- মথোং কারকপী লৈশাবী ওইরে।*

## সিনি খানি খোং

মোংপা তোরয়মাতি। ময়িম পোইরৈ চীংসোমপাকা থোংনাং অঙৌপা সিনিখানিকা কোলোয় মিংসিননৈএ। ময়িম থোংনাং অঙৌপাতি সেককু চীংসোমপা কৌএ। ময়িম পোইরৈ মৈতৈ অঙৌপাতি সিনিখানিও মিংহোংখিএ। অঙৌপা সিনি খানিনা মুৎলৌ ঙাংলৌ লাননা খোং তৌএ। সিনি খানি খোংও খোননৈএ। *( তোরৈরোল লম্বুবা)*

## সিরিমৈ

চীংঙঙু খমতিংকোন চীংয়া ফৈথিংবনা তুবি মৈরেল মাবু চিকনা কোলখাবা লাইনা কোল্লে কোলখাপুং খেকনা তাউনা লৈরে খেকলৈ। মৈপুল হাইচাও থাললা কারকএ হায়বগী সিরিমৈ কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## সিলোৎ (শ্রীহট্ট)

মোগন সিলোৎলৈও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহাননোং হয়িঙৈদা কালিকা নোংথাংলৈমগী সমু মখুৎফাংবু তারমএ। অদুনোংগীবু খুৎফাংতাও কৌববু ময়ুম খোংনাং মোগোললা সিলোৎও কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মহারাজ গম্ভীরসিংহনা সিলোৎতা হিন্দু মুসলমান ধর্ম্মগী খৎনবগী মতাংদা চৈথারোল কুম্বাবদা*

*অসুম্না ইরি - ''থিয়াম অনন্দ্রামকী কুম শোক ১৭৫১ ....... কালেন ২২ নি নিংথৌকাবাতা শ্রীযুৎ মহারাজ শিলোংতা সাহেপ খাহি নাপা ঙমতরে হায়না তাক্লনা লান পাংপা চঙখিএ। নবাব গোভর্নর ইম্না সাহেপনা তুরেল মপান তান্না থোক্লনা শ্রী মহারাজপু ওকলমএ। শ্রী যুৎ মহারাজনা সাহেপকা লোয়নননা খাহি নাপা চৎএ। তেখাও লৈপাক্তা সাহেপনা শেমপা সিফাইকা মৈতৈগী সিফাইকা লময়েম্নানা লান চঙহনএ। মৈতৈ সিফাইনা হান্না খুন থুকাইএ। খাসি নিংথৌ ফাতুনা সাহেপতা পীরমএ। মুসলমানকী লাইকী কুমৈগা রথ যাত্রাকা ফাংনরতুনা খংনরপতা মুসলমান্না হান্না তৌহনও হায়না সাহেপনা হায়রন্নপাপু শ্রী যুৎ মহারাজনা ঐনা হান্না তৌগনি হায়দুনা হিন্দু পুন্নমকা লোয়নননা রথ যাত্রাগী নুমিৎ কায়তনা তৌরবতা শিলোংবাসি পশ্চিমগী সিফাই পুন্নমক্লা শ্রী যুৎ মহারাজপু ধর্ম্ম ঙাকএ হায়দুনা থাগৎনৈএ।'' মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম শন্দোক্লবা শান্তিদাস গোসাই শ্রী হট্টতগী লাকপনি। শ্রী হট্টপু সিলোং হায়রগসু খঙনৈ।*

## সুলাম

সুলামও কৌবদি কদৌনোংগীনো। খোইমোম লাইয়িংথৌ নোংপোক মালং হুম্মোইবা চীঙগু নোংপোক মকাইফম নুংবীসিদবা থৌদু ফুরা লাইয়িম লেনবু ময়িম সেনবী মনিল নাইবনা সুলামও কৌএ। চেংচা লাইয়িমনুংগী নুংবী খুথানা পামেল নমঙানবা কাংক্র সিঙলেন তোমথিলনবা লাইয়িংথৌবু ফুরাও কৌএ। অদুনোংগীবু সুলাম ফুরাও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## সেকউপাও

(১) সেকউপাও কৌবদি কদৌনোংগীনো। ময়িম লোইবী মনিল নাইবনা হৈরাংবু সেকও কৌএ। তাওজিং মপানফা হৈরাংব্রাংনা পাল্লম্ববুদি পাও-ও কৌএ। অদুনোংগীবু সেকউপাও-ও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

(২) সেকপাও-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহাননোং হয়িঙৈদা খোইমোম অঙানবা মসানৌ য়াইবী সমবালতোংবু তেংথানবী তেরা উমিংথোংবু চুনবী। মসাবী খোইমোম লাই অঙালবা মহাক্কী মার মখোংখুনবু লিরকপদা। লাংপন খোইনিং মানবীনা খোইমোম লাই মরুনে হায়রমএ। চীংসাং পাওচেনঙৈ নুংবী সৌসাবা থৌদু চেপলোন নমঙানবনা সমু মখোং সোকলে। অদুনোংগীবু সোকপাও কৌববু পোইরৈ তাফাথিবনা সেকপাও-ও কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*সোকপাও কৌখিবদি করিদগীনো। থায়না মমাংঙৈদা নুমিৎ কৌবা লাইগী নুপী শম্বালদোংগী ফজবগা থাগৎপদা পকচবী তেরা কৌবা উগী মমিং লৌরগা মিংথোনবদসু চুনবী, মপুরোইবা অঙালবা নুমিৎকী লৈফম থিরকপদা লাংবন খোইনিংমানবী কৌবনা নহাক্লা থিরিবদুদি লাই পুন্নমক্কী মকোকনে হায়রম্মী। চীংশাংপুম্বা পাওচেনবদা নুং শৌ শাদুনা লৈবা ময়া অথৌবশিংনা থিন্দুনা মখোঙ শোক্লে। নুমিৎতুদগী সোকপাও কৌববু পোইরৈতা ফাথিবনা সেকপাও কৌখি।*

## সেক্লুচীং

লাইরেল মৈতেংঙু তুবী চরাইরোংবনা মতাইরেম পোইরৈ লান্মী পুন্নমক হাওরৈ খানা পাংবারম ঙাংঙোয় য়োয়মোংবনা মোংব লোইকেনবরম কাকলেন লান্তারম সৌবোল খোঙকনবদা হুয়েল লান্দাখিয়ে।

হাওরৈ খানা পাংবরম তুসুক মনিন নাইবনা মালং চয়রোয়ননা হেন্না খাংজেং তরেৎথক্তা লোইবী তুয়িংপুঙ মরেম তুইনচং হেন্না তুইসাঙন লাইজ ঈরোংখোং অহম থোকপা হেন্না লমদাংসাংসুং তরেৎ লোঙচৎপা পুঙদ খৌসাবা। কোরৌ নুমিৎচুপনা লাইরেল থাঙলেন মখুৎসু তিমেল নুংচঙব খোক্লাং মখুৎসুবু খুরেল য়াইফু মনম খুনা য়াংনম সীঙমিৎমপু লোল্লমএ। লাইরেল সনা মনায়াল কোলোয় মখুৎসিবু লিক্লাই সনা মনায়ানসুঙ তৌখঙঙামএ। অদুনোংগীবু লাইরেল মৈতেংঙু তুবী চক্লাইরোংবা সনা চুঙসেলকোল হেন্না নুঙফাল লোঙব কজেং থাংজখুল লোইবী সেক্লুচীং খারম কোনহৈচীংও থোয়রমএ। *(সমসোক ঙম্বা)*

## সেকচেং

কুংপুই মাপুঙয়ায়পু সেকও কৌপাতি। মায়িম লোইপী মারেমনা চীরু মনিন নাইপাপু সেকও কৌয়ে। চীরু মনিল নাইপানা হালনা খুলতারময়ে হায়পাকী সেকচেংও থোয়ৈয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## সেকমাই

চকপনা অহালবমক্তা হান্না খুনকুমলকপদি সোরারেন্দগী মোংবা য়োইসগাইদা তারকয়ে। লুনা সেংনা তারকয়ে হায়বগীবু সেকমাই কৌয়ে। *(চকপা খুন্দারোল)*

## সেকসা খাঙব্রাইথেৎ

লাইরেল মৈদিংঙু লোকয়ি শেল্লোইনাইদি তয়ম মরীশীন কাওরেন শলয়াম হোই ময়ু নোংয়াই মরনকুগী অদোন মচেৎ কোঙ্গায়পুনা মরান খুনগারক্লে। লাইরেন মৈদিংঙুনা লোয়য়া নাতৈনরক্লবদা ময়িম থাঙঙা কম্বোংনা ব্রাংলৈ ময়ু লানঙম্ববু ব্রাংলৈ অয়াকপা হাওদৈ অথুম্ববু খারি খোইখনতম্ববু ব্রাংলৈ সেক্লীং ব্রাৎলবগী য়াওব্রাকাও খোইমোম শল লেমলৈ ঙামৈশাং হৈনারুবু লোনলু খাঙদা থেকনা সেকনমনরময়ে। অদুনোংগীবু লমলেন লোনলৌ সেকসা সেকসা খাঙব্রাইথেৎ-ও তৌনা কৌয়ে।

*(নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা)*

*লাইরেল মৈদিংঙু লোকয়ি শেল্লোইনাই-মৈতৈনিংথৌ নাউথিংখোং।*

## সেনকোয় ব্রাংনালোক

ব্রাংনালোক থোনখিবদা য়েংবীয়ু।

## সেন্দ্রা

(১) নাহয়োং মোইরাংনিংথৌনা অমল শিথিলবদা তরেৎ শেলনে নাদ শেলনে শেলজাও নমদা পোববু তারৌরে। অমুক হল্লকপবু লাইজ ঈরোম্নুংগী লৌখৎলে হায়বগী সেন্দ্রা কৌয়ে। *(মোইরাং লম্মীংলোন)*

(২) লমলেন মতাইমা তরেৎ লৌসেনতা সেনতা য়িব্রাইকোন কৌপাতি কতৌনোংকিনো। কেকে অসৈপানা তাউরোই পুংলেন ব্রাকনা অমন সিথিনপাতা চৈরৈ ফিমা হোংলাপাতি লেংতোন য়াম্না ব্রোনতেএ। তেৎনৌয়োৎমা ব্রোংলাপাতি খুৎতা সুনা হলব্রাইএ। তরেৎ সেলনা ব্রোংনা নামৈ য়েপনা ব্রোনতেরকপাপু লাইচা য়িরানপাতা তরেৎ লাইকৎ ওন সমু মাঙতা য়েপপাপু লাইচা য়িতা তাখিরপাপু

সমু খুৎনা রায়না লৌখৎখিএ। অতুনোংকিপু তরেৎ লৌসেনতা সেনতা য়িব্রাইকোলব্রো তৌনা কৌএ।
*(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*লমদম অমবু তরেৎ লৌশেলতা সেন্দ্রা ঈব্রাইকোন কৌবদি করিদগীনো। মোইরাংগী ইশৈ শকপা পুং য়ৈবনা অশিবা থিনবদা অনৌবা ফি অমা হোংলবদি লেংবান্দা য়াম্লগা হুম্লকই। য়োৎ পিরগনা খুত্তা পায়দুনা হনখি। উম্লকপা শেলবু নামৈদা য়েপ্পা ঈশিং লাম্লকপদা তাখিবদগী মখুৎনা লৌখৎখি। মরম অদুদগী তরেৎ লৌশেলতা সেনতা ঈব্রাইকোন কৌখি।*

## সেনাপতি

সেনাপতি জিলাগী হেড ক্বারটর ওইরিবসি সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎতগী লৌরগা থোনখিবনি। মতম অদুগী রাজ ব্যবহারগী মতুংইন্না বৃটিশকী পোলিটিকেল এজেন্ট মেজর জেনরেল সার জেমস জোনষ্টোন লাকপা মতমদা মাবু কারোং মনাক্তা নিংথৌমচা অমনা ওকপা চৎনরমই। টিকেন্দ্রজিৎনা সেনাপতিদা য়ারেক্লগা জোনষ্টোন সাহেবপু ঙাইরগা হেক হেক ওকলমই। মদুদগী মফম অসিবু সেনাপতি কৌখি।
*(সঙাই এক্সপ্রেস তাং ২৩/৪/২০০৩ নিংথৌ পানবা লৈবাক মণিপুর লে: কর্নেল ভুবন সিংহ রিটয়ার্ড)*

## সেনবী লমদাংসাং

তুহাং থোনখিবদা য়েংবীয়ু।

## সেপালৌ কোনখাংতাও

সেপালৌ কোনখাংতাও-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। মথংলেন থংবা নাহাদি হাওরৈ লাইনা পাংবলম সাম্পেংএ। তাল্লোয় মরুমবী তোক্লমন কম্বোং মায়নৌবী চনূদি হাওরৈ খানা পাংবলম সাম্পেংএ। মথংলেনগী কোনখাং মনাসিবু লাইজ ঈরোইননা তাওথরকয়ে। মরুম্বী খাইনমম্ল লোকঙমএ। মথংলেন চেংলৌ শক উনীংদববু  করম শকখঙনসিবনো হায়না শমু তুংহম্লনা শে: হায়না পীরমএ। সেপালৌ কোনখাংতাও-ও কৌএ। *(লুরাংলোন খোংকুন)*

## সেরৌ হংপা কোন

লয়রায় মুংপিমাতি সেরৌ হংপাকোনও কৌপাতি। চীংখোঙ পোইরৈতোননা পোইরৈ সিতাপা রাংঙম নাতাপাপু লৈতরে হায়না থিংলৌ নিঙনা তেনা মরান ওনতেরকপাতা। লৈমা লৈনাওতাপীনা সানৌ চীংখোঙ পোইরৈতোনও। লহাল ঐখোয়গী তাঙচা য়িখোঙখুনপু লোইপী তোংথিনপুঙ মারেম য়াংহনচীং য়িপারী চাখা খোংহনপা সাকাং য়াইথাপা কাংতোন লৈনৌপা লৈসং খেকব্রাইপা য়িমোম খয়োই নুব্রাহল হুইয়াই কোংতিংনু অহনপী  হাউচেং লাংমৈনু সাফপীনা নোংমনচীং কাইরম মখুরোল হেমপা সিকৌপুঙপু কতায়নো হায়না পাউহংখিয়ে। চীংখোঙ পোইরৈতোননা পাউখুমখিএ। সাপী য়িতৈলৈমা লৈনাউতাপীও য়িপীংঙাকী লহান তাঙচা য়িখোঙখুন য়িপারি পামমুপা খাইনাব্রাই য়িমোম নুংওনপীপু তোকনাচীং লোইপী তোকথিনপুঙ মারেম য়াংহনচীংতি অসিনে হায়না সমু খুৎপু থিননা সে হায়না তাকলমএ। লমলেন সেলৌ হংপাকোনও তৌনা কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## সেংব্রাই ঈনমশেং

(১) নোংপোক লৌসেংব্রাই সেংব্রাই ঈনমসেংও কৌবদি। চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংবুরোই লাংওল্লকপদা লোকলেন নমখুম ঈ সান্না পোলথন ঈবু ঈহৌরবনিগীনা। লাইচা ঈরিকলাই মানম মাথা চাইথারময়ে। অদুনোংগীবু নোংপোক লৌসেংব্রাই সেংব্রাই ঈনমসেংও তৌনা কৌএ।

*(পোইরৈতোন খুম্ভোক)*

*নোংপোক লৌসেংব্রাই সেংব্রাই ঈনমশেং কৌখিবদি। চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংগী মফমশিংদা কোয়রকপদা য়াংলেন নমগম্নচিংবা হমাং শৌদুনা ব্রারবগী ঈশিংদা থবাক নমগন চাইথদুনা ঈরুজরম্মে। মরম অদুদগী নোংপোক লৌসেংব্রাই সেংব্রাই ঈনমশেং কৌখি।*

(২) নোংপোক লৌসেংব্রাই সেংব্রাই য়িনমসেংব্রো কৌপাতি কতৌনোংকিনো। লয়নুং খোমফাং অতোনপাকা মৈতৈ লৈমা লৈনাউতাপিকানা পোইরৈ সিতাপা ব্রাংঙম নাতাপাপু খুনথিরকপদা। লৈমা লৈনাউতাপিতি লোকলেন নমখুময়ি সন্নাপনথয়ি নুরা কানক খোয়তোময়িপু হৌরকলাপাকী। লৈমা লৈনাউতাপিনা লাইচা য়িরিকলাই সেংথোইপানা মনমমথা চাইনা সেংলমএ। অতুনোংকিপু নোংপোক লৌসেংব্রাই সেংব্রাই য়িনমসেংব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*শেংব্রাইদগী শেংমাই তুরেল কৌখিবনি। শেংমাই তুরেল লাইমতোন চীংদগী হৌরক্লগা মমাই নোংচুপ পাংনা পলেল ফাওবা চেল্লন্নগা, পলেলদগী অব্রাং পাংনা ককচীং ফাওদুনা খকুল্পাত্তা তিম্লুরগা শেংমাইজিন্দা ইম্ফাল তুরেলগা তিম্নরুই।*

## সৈতুলোক সৈখঙলোক

মোইরাং অসৈপা কেকে মুয়াংচৈমাপাকা নোংয়াই হাউ কোকচাউসু লৈখম মোইনুব্রাককা ব্রাকমা সৈতান্নাপাপু। নোংয়াই হাউ কোকচাউসুনা ব্রাকমা লাইখঙলাপকী কেকে মুয়াং চৈমাপাতি সৈতুরাপাপু। মরোয় কাচেংলম থোংঙাই অতোনপানা ব্রাকমা সৈখঙলকলে। অতুনোংকিপু কেকে মুংয়াং চৈমাপা সৈতুলোক মরোয় কাচেংলম থোংঙাই অতোনপানা সৈখঙলোকব্রো তৌনা কৌএ।

*(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মোইরাংগী ইশৈ হৈবা মুয়াং চৈমাপাগা খুমন হাউকোকচাউগী মশু লৈখম মোইনুব্রাককা ইশৈ শকপা তান্নবদা খুমন হাউকোকচাউসুনা ইশৈ য়াম্না লায়না খঙদুনা শক্লে। মোইরাং মুয়াং চৈমাপাতি ইশৈ ফাদদুনা শকপা ঙমদরবদা মাগা লোয়নরিবা মরুপ থোংঙাই অতোনবনা ইশৈশিং নিংশিংলকই। মরম অদুদগী মোইরাং মুংয়াং চৈমাপা সৈতুরোক মরুপ থোংঙাই অতোনবা ঈশৈ খঙলকপা সৈখঙলোক হায়না কোখ।*

## সোইতোং

নয়ুব্রা চীংখোঙ পোইরৈতোনগা মতৈরৈমা লৈমা লৈনাউতাবী চৈরৈ লাকা পানববু খোঙখৈনবীগা সেনবী নাদাহৈ কবো শিদহৈবু খুনথিরকপদা। ময়ুম সেনবী কবোনা মালেম লৈসনা অঙাংববু সোইও চামলৌ লাবু তোংও কৌয়ে। অদুনোংগীবু সোইতোংও কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## সোইথিং হাথফম সোইপাই হারেপপুঙ

**সোইথিং হাথফম সোইপাই হারেপপুংব্রো কৌপাতি কতৌনোংকিনো। ময়ুম নোংয়াই মনিন নাইপানা মরম থৌপাল লম্মহনতা অতোন মরাঙহৌনা পাল্লমঙে। মতাইলেম চোংমু চোংথা চনু খাইমু খাইথিপম চনু তোংপোন ব্রাইরৌ থাংপি ফুমথি নাতে কাঙপী সেপ্রেৎ ক্লরিৎ তানপী লোকলৌ তান্না লেঙহৌপী খোয়নৌ অনিমানা লেমলৈ ঙাতারুপাতা। নোংয়াই লমখন ক্রুরাপাকী থিংলৌ নিঙনা তেরাপাতা নোংয়াই মনিংথৌ অতোন লাইফেংপাতা ব্রাকৎখিয়ে। নতাইলেম য়িপিংঙানা লেমলৈ ঙাতারুপাতা মিংয়েং সানথৈরকপাপু লৈয়ে। পোনপী য়াকাপা চেকলা হুমথিপাপু চেকলা য়োমতমপৈ লেমলৈ ঙাহাফম ব্রানচেং মকোনফমততি থোঙলেন মরিন য়াময়ে। নোংয়াই নকাইফম অতোন নরয়নেৎপু ব্রোইরাপাতি নোংয়াই মনিননাই অতোন মরাঙ হৌঙেনে হায়না ব্রাকৎখোনকী। নোংয়াই মনিংথৌ অতোন লাইফেংপানা ব্রাহমলকয়ে। নোংয়াই য়িমাইপা ব্রোইনম লাংপোকসু নঙতি কাইরৈ য়েলহিংথানা নোংয়াই লমতম য়েংউব্রো হায়না পাউসীখোনকী। নোংয়াইনা তেংথানা খুমননা মীকৌনবদি য়েনবাবু সোইপাই ব্রো কৌএ য়েন অমোমবু সোইথিংব্রো কৌয়ে। নোংয়াই মমাইবা ব্রোইনম লাংপোকসূনা য়েনপা অমকা য়েনমোম অমকা মায়কৈ য়েলহিংথানা মরান হাননা য়িমতাহনপাপু। কায়রৈ য়েনমোম অমনা কায়রৈ য়েনলুম ১৫ থুরাপাকী। মচেং কায়রৈ য়েনচা তরামঙাবু কোকলে। লোইপী চীং কাকলেন কাকলেন সাকামু অব্রাংকোরৌ নোংসাব্রাইনা থুমনাউ চঙনা ব্রাই য়েননাউ চঙনা চেনপিতে। য়াওরৌ সাতোকপা তোকমু মৈসাংপানা থোংলেম মাকা সারাপাতা। লয়পুং কোয়দ্রাউ পানা য়াওচাকাপারা য়াওচাতে। মথিংমাকপ তেনকাপপনা কাপচাকাপারা কাপচাতে। য়েনপা সোইপাই মপারীপু হাথানারে য়েনমোম সোইথিং মমোমলোনপু হাকোকনারে। অতুনোংকিপু সোইথিং হাথাফম সোইপাই হারেপপুংও তৌনা কৌয়ে।** *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*নোংয়াই- খুমন। থৌপাল লম্মহনতা- থৌবান কৌবা কুইরবা লমদা। তুংপোনব্রাইরৌ থাংপি- খ্বাংদা তুঙ্গোন পুনবী। ফুমথি নাতৈ কাঙপী- ফুম হাইগৎতুনা লোঙখোনবী। লমখন- লমখন কৌবা লাই। থিংলৌ নিঙনা তেরাপাতা- হল্লক্লবদা। য়িপিংঙানা লেমলৈ ঙাতারুপাতা-ঐখোয় অনীনা ঙা ফারুবদা। মিংয়েং সানথৈরকপাপু- উরকপবু। পোনপী য়াকাপা...মরিন য়াময়ে- উচেকশিং পৈদুনা ঙা ফাফম থিকম থোঙলেন মফম য়ামই। য়িমাইবা- ঐগী মাইবা। পাউসীখোনগী -থৌদাবগী। মরান- মুম।*

## সোইরেল চাবীরোক

**লাব্রাং লৌসোইরেল সোইরেল চাবীরোকও কৌবদি কদৌনোংগীনো। হোঙনেম লুব্রাংনিংথৌ পুনসিবনা চামু লুককাতৈ চাঙৌ লুককারেম্মা হোংনেমঙে তরা মচাকতুম ঙৌদুম ঙৌনা তারমএ। অদুনোংগীবু সোইরেল চাবীরোকও তৌনা কৌএ।** *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*চামু- চাহাউ অমুবা।*

## সোনলাই

**খুব্রাই নুংচেংপাকী মতেনচানা নোংপোক তৌরিংলিকলৈমচাকী লাংকোই থানুংথিৎনা তেনপাল্লপাকী। নোংপোক তৌরিংলৈমচা তাউহুইরেং অহনপাতি নোংচুপ খানা পাংপালমতা সোননা সূকনা**

পাইথাখিয়ে। অতুনোংকিপু সোনলাই-ও তৌনা কৌয়ে। *(নুমিৎ কাপ্পা)*

## সোমসোক

সেনগীনা মীকৌনা কপোনা তেংথানা লাইচা য়িসিংপু নমল্লো কৌএ। মাকলং তাউচিং হয়তাউয়িকা তুয়িংগী সনা নমখল য়িকা লাইচা য়িচিল অনি সোকনৈএ হায়পাকী নমসোকল্লো কৌপাপু। পোইরৈতা ফাথিপানা সোমসোকল্লো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## সোংতন (শোমদন)

সোংতন লম্মহন-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহাগ্নোং হয়িঙৈদা কৌবা অঙাংঙানা কোংলৌ লমখাংবা সাবল লমথোকপদা। ওইনম নুরাবীনা কন্বি ফুকাপে লোল্লাং পাখংবনা লেমলৈ ঙাগা পৈনা পনম হেকমাই কাঙৈদা। তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখংববুদি লৈনুং লোনচা অরিবা কৌয়ে। হে কৌবা অঙাংঙাও করিগীদমকপু খাবা উলেনহৌ য়াংবা নুংয়ুং চেপলোইনববু উদবরা করিগী পনম হেকমাই কানিংবনো হায়না তুবি মৈনা কোল্লময়ে। ফালৌ লাইমকোনগী মরাল ওন্দেরকপদা চিনকোই পাওরলননা ব্রায়াম পাওয়ামববুদি সোংও কৌয়ে। সোংব্রাবু তানা তনলময়ে। অদুনোংগীবু সোংতন-ও কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*সোংতন লম অহলবু করিদগী কৌখিবনো। থায়নথৈ কৌক্রুগী অঙাংঙানা লম য়েংবা থোরকপদা ওইনাম নুপী চফু শাবীনা কন্বী চফু ময়াম পৈরগা লোল্লাং পাখংবসু ঙায়াম পৈদুনা লমহাংদা নুংশি নুংওমরিঙৈদা নোংদা লাইরেনপাখংবনা হায়রকই। হে কৌক্রুগী অঙাংঙা-ও খাব কাংবুনা মরাং হৌবদি উদবরা করিগীদমক নাপন ময়াই কানিংবনো হায়না লাইগী মমৈনা কোল্লম্মী। ফাংলৌ লাইমকোন্দগী ময়ুমদা হল্লকপদা ব্রাহৈ কাতু কারন ঙাংনদুনা ব্রায়াম্মবু (খংনববু) সোং হায়না কৌই। সোংব্রাবু তাদুনা পল্লম্মী হায়বদগী মফম অদুবু সোংতন কৌখি।*

## সোংপুম লমতাইথেৎ

সোংপুম লমতাইথেৎও কৌবদি কদৌনোংগীনো। ময়ুম লোইবী মারেমনা থৌদু নুং অশাংবা চেংচা নুংঙৌ অপাকপা নুংগী য়াসৌ সাবা থৌদু চেপলোন নমঙাননা হেম্বা য়ুমওইনবনা থৌদু নুংমু সিদববুদি পুম-ও কৌএ। চেংচা নুংঙৌবুদি সোংও কৌএ। অদুনোংগীবু সোংপুম লমতাইথেৎও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*লমতাইথেৎ-লম মতাই। ময়ুম-য়ুম। লোইবী-চীং। থৌদু-নুং । চেংচা-নুং। নুংবী য়াসৌ সাবা-নুং মচীন নাইবা, নুঙায়। মারেম-হাও, চীংমী মখল অমা।*

*সোংপুম লমতাইথেৎ কৌখিবদি করিদগীনো। চীংদা তাবা চীংমী কাওলুপ অমনা নুং অশাংবা নুংঙৌ অপাকপা মচীন নাইবনা নাকয়েৎ মথক মখা কুপ্তুনা য়ুম ওইনা লৈ। মখোয়না নুং অমুবা অকনববু পুম কৌই। নুংঙৌদুনা সোং কৌই। মরম অদুদগী সোংপুম লমতাইথেৎ কৌখি।*

## সোংলেন পানখোকপোকপী ইহা

হাওসেং পনতোনয়াপু নাতৈনানা কেকে সোংলেন অথৌপাকা অতোন য়াইথিং অয়মপাকা চায়না খোংফেন নাঙৈতা। কেকে সোংলেন অথৌপানা নোংয়াই তাংসকতা অতোন মীথাতারাপাকী অতোন ব্রাকয়ে মখুনেৎতা সমুখোঙনা হাননা চোংসিনখিরাপাকী সমু মখুতোনপু লয়না তারুইএ। অতুনোংকিপু খুরোইপা য়িতমপাল মানলৈ হানচিনকোনব্রো তৌনা কৌএ।

কেকে সোংলেন অথৌপাপু অতোন য়াইথিং অয়মপানা লীরি থমোইতিং লকা তেনমৈ লাকনা ব্রায়রা তেনব্রাইরকলপাকী। কেকে সোংলেন অথৌপাপু ক্রনপিথনুং থীংনা ব্রায়রা তেনপাললাপাকী লাইচা য়িপাকথকতা তানা নোংমললে হায়তাপারা। অতুনোংকীপু য়াইথিং কাপনলম সোংলেন পানপাইব্রাই নানপা চুঙসেনকোন সোঙলেন পানখোকপোকপী য়িহাব্রো তৌনা কৌএ।

*(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## সোংসুক

(১) সেনবী সোংসুকও কৌবদি কদৌনোংগীনো। সেনবী ব্রানি হায়বা কবো ব্রাপৈ হায়ববু সোং-ও কৌয়ে। লাইজ ঈ অনি লোঙববুসুং সুক-ও কৌয়ে। অদুনোংগীবু সোংসুকও কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*কবোগী লমদম অমবু সোংসুকও কৌখিবদি করি মরমদগীনো। কবোনা চীন অমতদা লৈ অনী পানবা হায়বদি ওইদবা ঙাংববু সোং হায়না কৌই। তুরেল অনী লোঙববুসু সুক হায়না কৌই। মরম অদুদগী সোংসুক হায়না থোনখি।*

(২) সোংসুপও কৌপাতি কতৌনোংকীনো। তুয়িংপা নমখম সনায়িকা মাকলং তাউচিঙ হৈতাওয়িকা লাইচা য়িচিন অনিমাপু সোক নায়ে। সেলপী তেংথানা কবো মীকৌননা লাইচা য়িচিনপুতি সোং-ও কৌয়ে। লাইচা য়িচিন অনি সোকনাপাপুতি সুপ-ও কৌয়ে। অতুনোংকীপু সেংসুপ-ও তৌনা কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## হনচীং

নুংবান খুমিৎপা লুব্রাং খানম্বনা লাংবন উয়ুং শীংচঙ পোৎতানবদা থাঙলেন মখুৎশুবু খোয়মা নারোম্মুংদা থৌকাওরম্ববু মানা হম্না হম্না থিরমএ। অদুনোংগীবু হনচীং কৌএ। *(লুব্রাংলোন খোংকুন)*

*লুব্রাং খুমিৎপা খানম্বনা লাংবন থাদা শীং চনবদা নাপী মরক্তা থাং কাউরম্বদগী মাদুনা হম্না হম্না থিরম্মী হায়বগী হনচীং কৌখি।*

## হরিদিগর

সিথিপুর মচীঙসাংবু ঙমলোননা হরিদিগর য়োইকোম্মুংও কৌবদি কদৌনোংগীনো। হলনু মাম্লে য়িসোকপী মথংলেন থোংনাং সিংখেৎ হনুবা তানলোই মরুস্বী হলনু মাম্লেকাবীনা নুরা নুহৌতোং ব্রোইরকপবু খোইয়ম মরলকু ওস্তোকপনে হায়না সমু খুৎনা ফংনা তাংজ মকোক খুমনা হরি হরি সোললমএ। অদুনোংগীবু হরিদিগর কৌএ।

*মতাং অসি সিথিপুর য়েংলগা ব্রারী মপুঙ ফাগনি। হলনু মাম্লে- অহল ওইবা। য়িসোকপী - ঈশিং শোকপী। নুরা নুহৌতোং ব্রোইরকপবু - নহা ওইরকপবু।*

*মৈতৈ নিংথৌ চৌরজিৎ, মারজিৎ, গম্ভীরসিং মখোয় অহমনা কাছাড়দা লান্দাদুনা কাছার নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রবু তাম্মোক্লগা কাছাড় লৈবাক অসি অহম খোক্লা য়েম্নদুনা পাম্লি। তৌনিংঙাই উপাই লৈত্রবা গোবিন্দচন্দ্রনা ইংরেজশিংগী মফমদা মতেং পাংবিনবা হায়জরম্মী। খৃষ্টাব্দ ১৮২৪ গী মার্চ্চ তারিখ ৬ তা ইংরেজশিংগা গোবিন্দচন্দ্রগা য়ানম্রে হায়বা পাও তাবদা গম্ভীরসিংহসু ইংরেজশিংগা চাম্নরে; মৈতৈ নিংথৌ চৌরজিৎ মারজিৎ অনীদি কাছাড় থাদোক্তুনা চৎখরে। খৃষ্টাব্দ ১৮২৫ দা ইংরেজশিংগী য়াথংদগী গোবিন্দচন্দ্রনা হরি-টিকর কৌবা খুন্দা কোনুং শেমদুনা লৈখি। হরি-টিকর বদরপুরদগী নোংচুপলোমদা মাইল ৪ লাপ্লা বরাক তুরেলগী মপান্দা লৈ। খৃষ্টাব্দ ১৮৩০ দা গম্ভীরসিং মহারাজগী সনাহাত্তক্তা, কাছারগী হরি-টিকর কোনুংদা লান্দাদুনা কাছারীনিংথৌ গোবিন্দচন্দ্র ফাবগী মতাংদা নিংথৌখোংজমচা মেজোর তাংবম্লোই পীখি।*

## হৈনিঙপোক নমসাংকোন

মৈতেংঙু সেনপি মুংয়ামপানা হুয়েন লানতাঙে অনাল লাললুমঙৈতা তাউচিং হয়নিঙ পোকলমএ। অতুনোংকিপু হয়নিঙপোক নমসাংকোন মহিথেন্নে। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*মুংয়াম্বা - মৈতৈ নিংথৌ মুংয়াম্বা খৃ: ১৫৬২-১৫৯৭ ফাওবা পাল্লম্মী।*

## হয়া লাউবী

হয়া লাউবীও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নোংচুপ উরা কোঙয়াম্বীনা মপারি থারাম লাইরববু খালনৈ য়ুপুঙথকতা য়িললুম সোকতোংমানা থককাথোং য়িললুম সোকতোংমানা খাগাথংনা খোমলেন তুমকনহললে। মপল পলেম মমা পোকমাবী নোংচুপ উরা কোঙয়ামপীদি হাকুম কোংয়াং ব্রারু তোনকোনববু খোইনৌ লৌরিথোমবম চনুনা খানলৈ লৌরঙচায়ে। লব্রায় কামুখোকপু খুৎপাক তিললাইমেল য়োৎলৈ নোংথাংকুপ থৌরৈ তোলতালং য়োৎয়া খনতৌননা তেংপাক লালুসা হারু লোংনা ফৌ পোরোম খাদা সম য়াংতৌ মমৈতুপ ব্রাহি কোকতাইসম য়ুপা খুমল তালনা খালনৈ লৌতাববু। অব্রা হকচোকলাং য়েলপী হুয়াইলোম নুরা কানক খোইতোময়ি পাখং হুমাংসেনকোইয়ি সমখোঙ চারল য়িপু য়িহৌরবগী। চিঙঙু সলথোঙ মোরিবগী মমোমলোন য়াইপীলৈমা কাংনৌ তরা মারলউল মালং অয়াংবা খমগোল অহুমবও নংবু পাখংচেংচা ঙমলুমলাও নুরা থৌরৈ তেংপাংলাও হায়না থৌনেকপবু। মপারি থারাম লাইরবনা য়িনলুম সোকতোংনুংদা হে হা লাউনা পাউখুমলকয়ে। অদুনোংগীবু হয়া লাউবী নোংচুপ উরা কোঙয়ামবীনা খানলৈ লৌতাব্রাই মপারি থারাম লায়রবা লৌকুমলমও তৌনা কৌএ। *(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

*খানলৈ য়ুপুঙথকতা- লৌরিথক্তা। য়িললুম সোকতোংমানা থককাথোং- য়ুমপাক অমনা মথক্তা কুম্না। তুমকনহল্লে- তুমহল্লি। সমখোঙ চারলয়িপু য়িহৌরবগী- কোক্কী শমখোঙদগী হুমাং চেঙ্গরবগী।*

## হংকুন

(১) মৈতেংঙু নোইনাই থব্রানথাবগা নোংয়াই খুমননিংথৌ তন্দু লাম্বাবগা হৈরেম খুঞ্জান থেংগে হায়না লালহৌরকপবু মোংবা তুথুপ অমদা লমওক্লরে। নোংয়াই খুমননিংথৌনা হাম্না পাওহংলকয়ে। মাক্লৌরেম লাইরেল মৈতেংঙু নোইনাই থব্রানথাবা লাইরেল তেল্লোং তেকপা ব্রাকাওদবা-ও। নদাইরেম হৈরেম মনিললনাইবা খুঞ্জান তানদবশিংনা নোংয়াই ঐবু তাংশক্তে অদুগীবু লাইরেল নংবু পাওথেমথবনে। অসি কোরৌ নুমিৎমদা হৈরেম থেংমন্না খুঞ্জান নামম্নসে। তৌইগুম্বসুং মাক্লৌরেম নোইনাই থব্রানথাবা লাইরেল নংগী ব্রাকয়ৈ নখুৎনেৎতোংজেং ননুংচং অসিসু করি কৌবনো। নদাইরেম নমপোক চৈথংয়েৎলম ওইরমগীসু তোংজেং নাওমৈগী খুমু নৌজাওশুগীসু ভুবী নংগী সনা হিখাওশাবা মখোয় মরিমক্কী কোল্লোই মমিংথোংসু করি করি কৌবনো হায়না পাওহংলকয়ে। মৈতেংঙুনা পাওখুমখিয়ে হোয়দা ইমান নোংয়াই খুমন নিংথৌও। লাইরেল ব্রাকয়ৈ ইখুনেত্তি কবুইঙম্বা শাজনফাবা সনা শাজন খোঙদাঙববু কায়না হুনবা কৌয়ে। ব্রাকয়ৈ লুকচিপোপ তোংজেং য়েম্নাহৌ কোম্বাঙ চারনলেং পামেল উশাপোপ ব্রাকয়ৈ হিবানকুম হিয়াং কংদং মারুংকুম্ব হিনে হায়না পাওখুমখিয়ে। ইদাইরেম

তোংজেংনাও মৈগী খুমু নৌজাওশুবা অসিদি তারিয়া য়েল্লাংবা তনবা চেঙোই মানবা মিৎথকপা কৌয়ে। ব্রাইরা শারাওখোনবু তাথোক্তরিয়ে হুয়েন লাল্লাওখোনবু খঙদোক্তবনে। লৈকু খমথেংয়াম লৈরাই চুপথে হকয়ে। ইদাইরেম নম্পোক চৈথং য়েৎলমগীদি খুরাই নাহা লাইরেলচাম্বা কৌয়ে। সনা খাওজাওপুবা অসিদি অতোম নাহা শঙ্গাইপাম্বা কৌয়ে। ইদারেম মখোয় মরিমক অসিদি মোমনু নুহৌতোংশুময়ে। ওইনবাচুংশেন্না হঙোই তারোইনিকপা মশেন্নে ব্রাইরা শারাওখোন হুয়েন লাল্লাওখোনবু খংদরিয়ে। হৌরেন নোংয়াই লাল্লাওখোনবু নাতারবদা ইশা তুকুপচুংনা শোংগীঙনে। ইমান নোংয়াই খুমননিংথৌও নংগী ব্রাকয়ে নখুৎনেৎসু করি কৌবনো। নদাইরেম তোংজেং নাওমৈগী নম্পোক চৈথং য়েৎলম ওইরমগীসু সনা খাওজাও পুবসু কোল্লোই মমিংথোনবু করি কৌবনো হায়না পাওহংখিয়ে। নোংয়াই খুমননিংথৌনা পাওখুমখিয়ে। লাইরেল মৈতেংঙুও নমান ঐগী ব্রাকয়ে ইখুনেৎ অসিদি লৈতাংঙম্বা চোংখুফাবা প্রবুং লৈফংবাহিনে। ব্রাকয়ে লুকচিপোপতা তোংজেং নাওমৈগী মিৎয়েং নানিলোঙবা পোনবী ব্রাইরংচেকমশুংমানবা অসিদি মপল্লোন য়াঙোইসু লিনগোইবী অদোন থংচীংকোকপাচা কৌয়ে। নম্পোক চৈথং য়েৎলমগীদি ঙানবা হাওরুহন কৌয়ে। নম্পোক চৈথং ওইরমগীদি ঙানবা হাওরুকোই কৌয়ে। নোংয়াই ঐগী সনা হিখাওপুবদি ঙানবা হাওরুশংজা কৌয়ে। ইদাইরেম মখোয় মরিমক অসিদি মদোম মদোম তনবা মীখনখায় থায়াও কোন্দাইরোনবা নোংয়াই লমকেৎপা খুমন লমথোইবা মশেন্নো। মানবী মতুকহাঙবা কাওরেল মপাতাম্বা শলশুম্বনে। হৌরেন ঐখোয়না হৈরেম য়ুমখৈফং খুঞ্জান পন্দোনলোম্বদা পোইরৈনা চেপনাহে নোংয়াইনা পুম্না লোইরবদা। অখম মীপোক্কে অথৌ লাঙোনগে হায়না ঙাইখমলিবা মশেন্নে হায়না পাওখুমখিয়ে। লাইরেল ব্রাকয়ে মখুনেৎকা অদোন খমনৌ মমিংথোংগা মদাইরেম চীংখোঙবু য়োক্লোই নিপানমক্কা হংনরময়ে। অদুনোংগীবু হংকুন মহিথেনও থোন্নরময়ে। *(থৌরানথাবা হিরান)*

(২) হংকুন থোনরমকতি। হুইতৌ নিংথৌ য়েনকাপাকা নোংয়াই খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙক্লাইপাকা ব্রাকয়ে হিতাননারকপাতা। চীংখোঙ থোঙক্লাইপাতি মরৌ খোয়পুং লৌচাউখিএ। মোংপা তুথুপমা তেকপি ওকলাকোনতা খোয়মা নারোননুংতা সানথুপখিএ। হুইতাউ নিংথৌপানা কোননা ব্রাকয়ে অমরক হৌথরকপাতা। চীংখোঙ থোঙক্লাইপাকী মমোম শিনতা অয়াংফবীনা য়িনফুই মায়রং সোনঙমপাতা। শিনতা অয়াংফপীও নগল পনথৌ নিংথৌ চিংখোঙ থোঙক্লাইপাতি লমলেন কতায়ব্রাইপু য়ৌখিরাপানো। হোয়তা ইপলতি অরোং সঙলাংমৈপু য়ৌররিঙনে পাউখুমখিএ। অতুনোংকিপু হংকুন মহিথেলও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*হংকুনবু অমুকহন্না থোনবদি হুইতৌ নিংথৌ য়েনকাপাগা খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙক্লাইবগা হিদাম্নরকপদা। চীংখোঙ থোঙক্লাইবদি য়াম্না হৈশিংনা মরৌ তৌদুনা তুরেলগী তোরৈ অশোংবা ওক্কোন অমদা লোক্তুনা লৈখি। হুইতাউ নিংথৌনা হোনথরকপদা চীংখোঙ থোঙক্লাইবগী মচানুপী শিনতা অয়াংফবীনা ইন থারম্বগা উনরে। শিনতা অয়াংফবী নপা ইবুঙো নিংথৌ চীংখোঙ থোঙক্লাইবদি লমদম কদাইবু য়ৌখরবনো। হোয়দা ইপা নিংথৌ চীংখোঙ থোঙক্লাইবদি অরোং শঙলাংমৈবু য়ৌরল্লগনি হায়না খুমজখি। মরম অদুদগী হংকুন মহিথেন কৌখি।*

## হাইকু

**কবো মখন অমদি ময়িম শেলবী কবোনা ব্রাংলৈ খরুংবুদি হাইও কৌনৈএ। চীংখোঙ পোইরৈতোনদা ব্রাংলৈ খরুংমাবু কুচাঙাময়ে। অদুনোংগীবু হাইকু-ও তৌনা কৌএ।** *(পোইরৈতোন খুম্লোক)*

## হাইচুম চোইথর

**হাইচুম চোইথরও কৌববু কদৌনোংগীনো। লহাম্নোং সেল্লোই লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংখৈরাকপা চীংলেন খোম্বা নিংথৌ মপারি লংমাই পুরাবা মমোম পুরিবীগা অনিমবু। পল্থৌ মপা কাইনৌ চীংখৈরাকপা চীংলেনখোম্বা নিংথৌনা। হে ইমোম পুরিবী ও ইমোমতাআনি হায়রবদি থৌদু হুপমিবা চেংচা তুনানবা অসিবু পাইমা ননিংসানা কামখাইও। পারি পুরিবা নঙসুং পামেল উয়ুংসিঙচঙখোকপু পাইমা ননিংসানা কামথোকও হায়না পাউমেনখোনগী। মমোম পুরিবীনা থৌদু হুপমিবা চেংচা তুনানববু পাইমা মনিংসানা কাম্ববু থৌদু মরাই চৎলে। মপলনা ইমোমতাআনে হায়না য়োইচাল্লে। লংমাই পুরাবনা লাংবন উয়ুং সিঙচঙখোকপু পাইমা মনিংসানা কাম্ববু কামথোকঙমদরবগী মপলনা পারি নত্তে হায়না ব্রারৎনরবগী থেংনা কোইনা ইনথোক্লে। মমোম লংমাই পুরিবীনা ইদু নিংথৌ লংমাই পুরাবাও পাইমা খোমনিংতেং তিল্লাংচাফা নিক্রুগনে হায়না তরা চেঙ মচঙবু চরৈ ফিজি হংলাতোনদা ফিয়োমবিখিয়ে। য়াংলৌ লমখাংমদা উকাক খুনাম্নরবগী মমোমনা চরৈ ফিজি হোংলাতোন্দা ফিয়োমলকপা তরা চেঙ মচঙ য়াংলৈ তাউবা হুইয়া মানববু হাইনা চুমনা চোইনা তারৌয়ে। অদুনোংগীবু হাইচুম চোইনাতা-ও তৌনা কৌয়ে।** *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*ইমোমতাআনি - ইচানুপী অশেংবনি। থৌদু হুপমিবা চেংচা তুনানবা - নুং। থৌদু মরাই চৎলে - নুং কায়রে। য়োইচাল্লে - চানবীরে। ব্রারৎনবা - ব্রারকপা, ব্রা তাদবা। পাইমা খোমনিংতেং - পুক লাম্বা। তিল্লাংচাফা নিক্রুগনে - চাক লামলগনি। চরৈ ফিজি হংলাতোন্দা - ফিজি মতোন্দা। উকাক খুনাম্নরবগী - খুদি থিরবগী।*

## হাইলৌ

**শেনবী মখনমদি চীংখোঙ পোইরৈতোম্না লাংওল্লকপদা মরিয়ম শেনবী কবোনা ব্রাংলৈ খারুবুদি হাই-ও কৌয়ে। চীংখোঙ পোইরৈতোম্না ব্রাংলৈ খরুংমবু লৌরকয়ে হাইলৌ-ও কৌএ।**

*(পোইরৈতোন খুম্লোক)*

## হাওতক সলবলয়া

**হাওতক সলবলয়াও কৌবদি কদৌনোংগীনো। কেগে মোইরাং নিংথৌ হাওতক লাইবগী কাওরেল মাসলচাবু কাওরেল সলগোল লিংলময়ে হায়বগীবু হাওতক সলবলয়াও তৌনা কৌয়ে।**

*(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

## হাউরেং কাইনচীং

**নিংথৌ পোংপা তরামানা হাউসিঙমকা চিংনা মালেম লৈমায়থকতা লোইপি চীংপুরোই হেমপা তমপু**

থনপাকা তাউতনপা সনা সেনকোয়রেংনা নুমিৎ মকাইফমপু ইনতাল্লকপতা পুরুমঙাময়ে। অতুনোংক্নিপু লমলেন হাউরেংচীং হাউরেং কাইনচীংও তৌনা কৌয়ে। *(নুমিৎ কাপ্পা)*

## হাউরোক নানপা সাফপা থোংচৎলম

নোংয়াই মতাইমা সনথোঙ মঙাংলৈমচা য়ুকোনপা থোংসাব্রাই। মঙাং নিংথৌচা য়ুকোনপা থোংসেমলম। হারোক নানপা সাফপা থোংচৎলমব্রো কৌপাত্তি কতৌনোংকিনো। মঙাংলৈমা য়ুকোনপানা থোংসাইয়ে মঙাংনিংথৌ য়ুনানপানা থোংসেময়ে। মসানৌ হাউরোক নানপা সাফপানা থোংলেন সীংখোঙতুপু চেৎতুম চেৎপরা হায়না তাঙচা লুপু য়েংনা থোংলেন তিংপিথকতা লানখিয়ে। কোরৌ অতুনোংতাকী হাউরোক নানপা সাফপা থোংচৎলমব্রো তৌনা কৌয়ে। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## হাওকু শোয়

কোরৌ খোংচোমনুপী তরুকমনা লমলেন হাওকুশোয়তা য়ারেকলুরগা মাপলকি মারালয়ায়তা ব্রাইথুংলারাপাতা। মাপল পুম্না হৌনা মাতু পাক্লা তাইনা ব্রাতাথিঙাময়ে। য়ীমোম নঙখোয়পু পল্থৌ ব্রারকখোনপু হেকতোকপী পল্লেম চিলকোয়থৌখামখোলপু নাচুংতাপী। পানম হেকমায় কাপী ব্রানাই চৎনাতাপাপু থৌথিংঙমতাপী নঙখোয়পু। লোইপী হাওকু অশোয়পা হেমপা অমাংপা শিঙঙেল নাতিক নৎতাপাপু করিকি তাংথলুপানো হায়না মাপল নুংপাল আঙনপানা ব্রাওইরময়ে। পলেম মামা নুংপাল অঙনপাশিংনাতি ব্রাওইঙাময়ে। মমোমপু শমলাং তালৈচিংনা খুতুম চৈথাঙমপীকি মমোম নুংপাললোলচানু তারুকমানা থাঙঙামরৈকাইপু তাঙচা য়ীকাইরাপাকীতামকপু কোরৌ নুমীৎ মঙানিপু শুতারিপা মখৈপু লৈরময়ে। অতুনোংকিপু শোয়রেলও তৌনা কৌয়ে। কোরৌ নুমিৎ শিঙথানপাপু শুতারিপাকি শোয়নারে হায়পাকি অতুনোংকিপু হাওকু শোয়ও থোন্নয়ে।

*(খোংচোম নুপী নোংকারোন )*

*খোংচোমনুপী তরুকনা হাওকুশোয়দা অহিং লেক্করগা ময়ুমদা হম্নরকপদা ইমুং মনুং পুম্নমক্লা শাওদুনা মখোয়বু য়াম্না থিনা তৌবীরম্মী। ইবেম্মা নখোয়বু নপা নমাগী ব্রারক ব্রাতেম থৌওইদবী কোয়দুনতা লৈরগা খ্বাইনা তৌনদবা মওংদা ব্রানাইবী নখোয়বু চীংমী চঙনদবা অমাংবগা নিঙোল নখোয়গী নপা চানদবদা করিগী লৈরুবনো হায়না মমা মপাশিংনা শাওরম্মী। মমাশিংনা মশম লাক্লুনা চিংলগা খুদুম্না থাদুনা ফু চৈরবদা লুরাং নিঙোন তরুকতি কৈরোই লৈকাই মমাঙদা ইকাইরবগীদমক নুমিৎ মঙানি শুদ্রিফাওবা লৈরম্মী অদুগীদমক শোয়রেল কৌই। নুমিৎ মশীং থানববু শুদ্রিবগী মখোয় মশেল উনবদা শোয়নরে হায়বগী হাওকু শোয় থোনখি।*

## হাওকু লমলাল

হাওকু পাখংপা তারুকমানা খোয়নৌ য়ীমালমাচা নুংপাল চানু মাতা তারুকমা লোইনাই তারুকমতি। কোরৌ নুমিৎ মঙানি শুতারিঙৈপু করিকি কোরৌ কারম নোংকাপানো হায়নাতি। চাহুই কাঙপা তেকপী খুরৌ পুম্নতি পুরক্লা খোয়নৌ মামাল মাচাকি মারা মাখোঙখুলপু য়িলতাল্লকপাতা। নোংমোইনু অহোঙপী তুশাকোল লাইরেল ঙাংঙোই য়োয়মোংপা তুতৌকোলপু তুরেল মোংপা য়ীপু ফৈনাতি লানখিয়ে। অতুনোংকিপু হাওকু লমলাল-ও তৌনা কৌয়ে। *(খোংচোম নুপী নোংকারোল)*

*চহুই কাণ্ডপা লৈতাকি- চহুই কাণ্ডবা লমদগী। তেকপী খুরৌ পুম্নতি- ওক্কী মখোং খুরৌ পুম্নদি। ম্নিলতাম্লকপাতা - তাম্নরকপদা, ইম্লকপদা। লাইরেল ঙাংঙোই য়োয়মোংপা তুতৌকোলপু- মৈতৈ নিংথৌমচা য়োয়মোংবনা তুরেল তৌরম্বা মফম। মোংপাম্নীপু- তুরেল ঈশিংবু।*

## হাওকৈ পোংমহাও

লাইরেন মৈদিংঙুনা লোল্লোয় লমশাং ইম্না নোংয়াই চাউবা পুংগী মরান খুনগারক্লবদা। ময়িম লোইবী মরেমনা কারিং শোংপুনা খাংখা খামেনপোনবু তৈনা হান। পানপোন শিংপোন সেম শীংপোৎ লাপোৎ য়াওনা লাইরেন মৈদিংঙুবু লেমনা কাইনা পুরুমওম্মে। অদুনোংগী লমলেন পোংহাওকোই হাওকৈ পোংমাহাও-ও তৌনা কৌয়ে। *(নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা)*

*লাইরেন মৈদিংঙুনা-মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা। লোল্লোয় লমশাংইম্না-লোল্লোয়গী লম্বী মতুংইম্না। নোংয়াই চাউবাপুংগী-খুমন লৈবাক্তগী। মরান খুনগারক্লবদা- ময়ুমদা কারক্লবদা।*

## হাওচেং

শৌশৌবী পাৎতগী মৈদিংঙু য়োয়রেন তোম্পাকপা ইব্রাংলোন লৈমা তোম্পোকপী অনিমা মৈতৈদা চেনখরে। মনাই নম্বুসুদি মবেম্মগী মখোয় মরিন চেংনা চৎখি হাওচেং কৌএ। *(থাঙ্গ লম্মীংলোন)*

*মৈদিংঙু য়োয়রেন তোম্পাকপা- খৃ: ১৩০২-১৩২৪ ফাওবা পাম্নম্বা মৈতৈ নিংথৌ থংবিলাম্বাবনি। নোংপোক চাখা খোংজোম্বসু কৌই। চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি - ‘‘থংবি লাম্বাবনা মোইরাং নিংথৌ চিংখু তেলহৈবগী মচানুপী য়োইরেন তোম্পোকপীবু পিদে হায়বগী হি তোংদুনা লোক্তাক্তা লান শোকনৈএ ঙমএ।’’*

## হাওচেঙ খোললোয়লৌ

তমপা ব্রাংজলোন অঙৌপা য়ুমলেল লৈমাকা মশাপি চিঙলেল শোমপা নিংথৌকা মচেঙ পাওমেন্ননা খোললোয়নারাপাতি। তাংখুল মচীপাপু শানতি লৌখোৎ মাঙইননা হাওশম তুংয়াননা অয়ুক চামাইরাংনা খাললৈ লৌকুময়ে। থাঙয়ি চাইল অঙললৌ লোইমোম ফৌকাকলৌ চংলৈ খুৎথালৌপু লৌতাইয়ে। মশাপি লংমাইনিংথৌ অঙৌপানা য়াহৌখিয়ে। শানৌ খোললোয়ও খাললৈ লৌকারসে। শাপি ইচিঙঙু-ও খাললৈ ঈঙম ফংতারিয়ে হায়না পাওখুমখিয়ে। থাঙয়ি অঙললৌ লোইমোম ফৌকাকলৌ হাওচেঙ খোললোয় লৌও তৌনা কৌয়ে। *(পাম্হোইপী খোংকুল)*

## হাওতক নৌতা

লমলেন মদাইমা হাওতক লাইসাবনা কাওরেল মশলচাবু কোলখাদা থন্নময়ে হায়বগী হাওতক নৌতা কৌয়ে। *(মোইরাং লম্মীংলোন)*

## হাওতন

থাঙব্রায় মাদাইমদি হাওতনও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাইরেল মৈতিংঙু কাইনৌইরেংবগা খায়োয়রোন পীতোংনু নুফাপীগা মপল নোংয়ায় খামলংবা চীঙদায় নিংথৌ খায়িংবদগী মারাল নুহোঙ খোঙথোংলকঙৈদা। লাইরেল ইশাবীও ইপল চীঙদায় লমবু তাময়ে অব্রাং খোঙবী চীঙদায়লমবু থাপলবগী হাওরা শোলখৈ নীকয়ে অব্রা লমতনখিসে হায়না লমতনলময়ে। অদুনোংগীবু হাওতন-ও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

*কাইনৌ ইরেংবা - খৃ: ৯৮৪-১০৭৪ ফাওবা পাল্লম্বা মৈতৈ নিংথৌ ইরেংবা।*

## হাওনু কৈসিতোনবী লুথোংলম

হাওনু কৈসিতোনপী লুথোংলমব্রো কৌপাতি কতৌনোংকিনো। মোইরাং কাপসি অথৌপানা অচেন খংলৈয়াঙনা হুয়েন লানতালকপাতা। লুব্রাং লাললোই তরেৎমানা অব্রা পোৎথানা লালোই লমতনপাতা। মরোঙ মথানা তিমেন ঙাইখাংনানা খোমলেন তুমকনঙম মিৎয়েং নাউসুমলমপাবু তানফংলুয়ে। মোইরাং কাপসি অথৌপানা লুব্রাং লালোই তরেৎমাকী তাঙচা মশমতোনপু সমলাং মসেন কিসিনারে। খোকলাং মথুৎসুনা নমু খাংতপয়েনা য়াহৌথোকলাপাকা। তিমেন মথুৎসুনা উনপী থনুংথীৎনা চয়পীরে। লুব্রাং লালোই তরেৎমাপু লুরক কাঙতৈথিনা তাঙচা লুরেন ককলে। নুংপাল লালোই তরেৎমানা য়াংলৌ লমতনব্রাই মোইরাং কাপসি অথৌপা লনসিংলম হাওনু কৈসিতোনপী লুথোংলমব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*লমতনপাতা - পোৎথাবদা। মরোঙ মথানা - চুং লৈবাক্তা থাদুনা। তিমেন ঙাইখাংনানা - তাদা মোন ওইদুনা। খোমলেন... নাউসুমলমপাপুল - তুম্নম্ববু। তানফংলুয়ে - তানবা ফংলুরে। নমু খাংতপয়েনা - মখাংদা য়েদুনা। য়াহৌথোকলাপাকা - হৌদোক্লবগা। উনবী থনুংথীৎনা চয়পীরে - মশাদা থুম্না থিল্লে। লুরক কাঙতৈথিনা - ঙক কক্লা।*

## হাওপাসি

মায়িম খুয়োল লিকতকপা লিকতকপি কোংসিপা নমথাংপা নমসিপা থিঙনাংখু থিঙনাংহল নৌরিখু নৌরিহল খুয়োল পাথৌ পুথৌহল হলপা কোকচাও হনু লৈখমনা। কৌবা অঙাঙঙাও খুয়োল লাকনা ঙমদববু লৈয়ে নং লাক্লরাও য়াংপা তেমনা ঙমদববু লৈয়ে তেমনারাও হায়না পাওথেমঙৈদা। কৌবা অঙাঙঙানা ইরোয় হাওপাও কেকে ইপালম মোইরাং ইপুলমবু কয়া চাওবনো য়েংলুও হায়না থৌশীখিয়ে। হাওপাসিও থোম্নেয়ে। *(লম্মীৎলোন)*

## হাওবতাক লালয়েংকাই

থৌবাল মোইচাচিঙ ইরাওখু ইরাওহল হাওখা ইকুঙপাল হাওবতাক লালয়েংকাই ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। থাব্রা হাওবা শোয়শেনবনা লময়াই কাইবু তোংনা হুয়েল লালয়েংখিয়ে । আয়িম থৌব্রা নাওরোইবী নাওরোইবাও সামন কোনথৌচান্বদি থৌব্রা ইপুঙয়াইদ য়াচঙখিরবনে হায়না লময়াই

কাইবু তোংনা তাকলময়ে। হাওবতাক লায়েংকাই ও থোন্নয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*শোয়শেনবনা- শোয় পানবনা। লময়াই কাইবুতোংনা- শগাইথক্তা তোংদুনা। হুয়েন- লাল। লালয়েংখিয়ে-লাল লাকপরা য়েংখি। অয়িম-ইয়ুম। ইপুঙয়াইদ- ইরৈবাক্তা। য়াচঙখিরবনে - চঙখরবনে।*

## হাওবতাক

হাওবা শোইশেনবনা লময়াই কাইবুতোংনা হুয়েন লান চৎপদা মনাই থৌব্রা নাওরোইবী নাওরোইবদা হায়রম্মী। শমন কোম্থৌজাম্বনা শেলোই লংমাই নিংথৌ চনু কোইশং কোইরানু শাফবীদা য়াওং ইনবদা খুমনগী পাখংশিংনা শিংজংখোক্লা থাদুনা শমন কোম্থৌজাম্বনা থৌব্রা ইপুংয়াইদ শিখিবা মফম অদু অসিদনি হায়না লময়াই কাইবুতোংনা তাক্লম্মী। হাওবা শোইশেনবনা মনাইদা তাক্লম্মী হায়দুনা মফম অদু হাওবতাক কৌনখি। *(লম্মীংলোন)*

## হাওবম মরক

খৃষ্টাব্দ ১৮২৬ মহারাজ গম্ভীরসিংহনা লাংথবান্দা কোনুং শেমদুনা নিংথৌ ওইবা মতমদা কোনুং অমা লৈরগা তুরেল লৈতবদি ফত্তে হায়দুনা হান্না ব্রাইশেল পুম্লেপাল ঙানজা চৈহুললম কৌদুনা চেল্লম্বা ব্রাইশেল মরিল অদু থৎলগা হৌজিক হিয়াংথাংলোমদা চেল্লিবা নম্বুল তুরেল মরিল অসি তৌখি। হৌজিক্লা ব্রাইশেল মরিল ওইনা লৈরিবা হান্নগী মরিল অদু থিংদুনা অনৌবা তৌরিবা লাংথবান্দলোমদা পুথরিবা তুরেল মরিল অসিদা ঈশিং চেন্নবা হোৎনরম্মী। লৈবাক হৌদুনা মীয়াম্না হান্নগী মরিল থিংননবা হোৎনবদা ঙমলক্রুবদা লোইবী হাওনুবী অমা ফুম্বদগী ইচেল অদু থিংদুনা হৌজিক চেল্লিবা নম্বুল মরিল অসি লাংথবান্দ কোনুং নক্লা হিয়াংথাং তানা পুথখি। লোইবী হাওনুবী ফুমখিবা লমলেন লম মরকনি হায়দুনা হাওফুম মরক হায়বদগী মফম অদু হাওবম মরক কৌনখি। *(লম্মীংলোন)*

*মাইয়োকফাগী অব্রাংনা লম্বুল তুরেল হায়বদগী নম্বুল তুরেল কৌনখি। মখা পাংবা শরুক্লা ব্রাইশেল পুম্লেপান ঙানজা চৈহুললম কৌনৈ।*

## হাওরা লানসোনবী লানলোই তায়াইতা

হাওরা লানসোনবী লালোই তায়াইতাও কৌবদি কদৌনোংগীনো। ময়ুম লোইবী মারেম কারি সোঙপুনা লোইবী মচীংলেন্দগী কুন্নকপদা তাম্লোয় মরুম্বীনা পাওমেনখিএ। থংলেনও ইপিংঙানা লোইবী ইচীংলেন্দগী কুন্নকপা অসিবু ব্রায়রা শা হুয়েন লানবু ওক্লকবরা হায়না শোল্লমএ। অদুনোংগীবু হাওরা লানসোনবীও তৌনা কৌএ। লোইবী মথংলেন্না তিমেন মখুৎশুবু খুৎপাক তিল্লাইমেন্না চিংনা চিংনা চৎপবু মালেম লৈদা তারে। অদুনোংগীবু লাল্লোয় তায়াইতাও তৌনা কৌএ। ব্রায়রা লালসোনবী থোনমরক্তি অসিসুং মদোমদে। কৌবা অঙাঙঙানা ব্রায়রা শা হুয়েল লালবু ওক্লগবরা হায়না সোন্না সোন্না চৎখিএ। অদুনোংগীবু লম্রেন হাওরা লানসোনবীও থোম্নেএ। *(লুব্রাংলোন খোংকুন)*

## হাওরা লানশোনবী

কেকে মোইরাং লৈকোইপুঙদি লাইজ ঈনুংপাৎ ময়েংতাবগুম ময়েংতারবদা। মোইরাং লম্মাবা তুম্মাবা লমশেনবা তুশেনবা হনু কোকচাও হনু লৈখমনচিংনা। ময়ুম খুয়োল লিকতাকপী লিকতাকপা কেশিবী লমতাকপা থিকনাংখু থিকনাংহন নাওরিখু নাওরিহন খুয়োন পাথৌহন পুথৌহন পুম্নমক্না অব্রাংমুংবী চীংতাইরেমদগী কৌব অঙাংঙাবু মরোই হাওবা থৌয়াংববু থৌশীনা পাওকৌরে। কৌবা অঙাংঙাগী মরানয়াইদ মরোই হাওবা ব্রাইথুংলবদা কৌবা অঙাংঙানা পাওহংলম্মে। কেকে ঈপালম মোইরাং ইপুলমগী হাওবা থৌয়াংবা করিব্রাগী ইন্তাল্লকপনো পাওহংখোলগী মরোই হাওবনা পাওখুম্নকয়ে। মোইরাং লমঙাকপা পাথৌহন পুথৌহম্না থৌনেকপগী কৌবা অঙাংঙা নংবু কৌরিয়ে। কেকে নপালম মোইরাং নপুলমদা লাকও হায়না পাওকৌবগী ইন্তাল্লকপনে হায়না পাওখুমখোলগী নাতারবদা। কৌবা অঙাংঙানা মোমনু তালোই ইরুম্বীও কেকে ইপালম মোইরাং ইপুলম নুংশি খোঙশানসে চয়োম য়ুখোম য়েলাং থৌরাংও হায়না পাওমেল্লে। কৌবা অঙাংঙানা চরৈ ফিশেৎ লৈতেংলে। খুবোময়াই খুদাং য়াইজও সিংগাং নাহৈয়েপ পাই য়ুখোম চয়োম লেংয়ান পাকলোই ঙাইজয়েৎনা থাংলেন তুংথাংনা তিমেন খুৎতাসু অব্রাংমোংবী চীংদগী তালোই মরুম্বীগা কেকে লমনুংশি মোইরাং লমদম তাম্ববু মিৎয়েং শানকৈবদি লোইবী চীংশাং লৈখিবগী মিৎয়েং তেনপানদবা। থোঙঙাকপা মংলালচীংদগী লমদেং লমলাং লাম্না কেকে মোইরাংদা ইন্তাল্লকপদা। হাওরা লানশোনবীগী লময়াইদা মোমুনা ব্রারে পোৎথাবা মশাবিনা পাওমেল্লে। শানৌও ব্রাইরা শা হুয়েল লান য়াম্মে লাও হায়না তিমেন তা খুবাক তিল্লাই মেম্না কেকে চাউবপুঙ মোইরাং শাংবয়াইদা ইন্তাল্লক্লে। কৌবা অঙাংঙানা ব্রাইরাশা হুয়েন লানবু ওক্ল গদ্রা হায়না শোম্না শোম্না চৎলে হাওরা লানশোনবী থোল্লে। *(নোংসাবা খুলগোইরোন)*

## হাওরং

হাওরং কৌবদি নাওথিংখোংনা খুমনদগী কারকঙৈদা হাওনু লাসংনুনা নিংথেমদা য়ু কৎয়ে। নিংথেম য়ুহারে য়ু খরদি হাওনু লাসংনুদা পিথকলে। মখৌরিদগী য়ু অদুবুদি তমনা উইয়ে তম্না নিংথেমগী মতু ওইয়ে। খুল অদুগী পাখংনা নিংথৌদা চোংখৎখিয়ে। খুল অদুগী নুপী খৈবিকনা য়ুলাগী মতুংইম্না নিংথৌদা কাখিয়ে। নাওথিংখোংনা হায়রে নখোইগী খুল অদুসুঙ হাওরেং কৌও পিনরকয়ে ।

*(লম্মীৎলোন)*

*নাওথিংখোং - মৈতৈ নিংথৌ উরাকোম্থৌবনা খাবরোন নোংজেংসু, নোংবান হোইয়াম্বী অনী পাম্নদুনা খাবরোম্না নাওহল, য়োইচারোল, নাওথিংখোং, নিংথৌ রাংঙা মরি পোকই। নোংবান হোইয়াম্বীনা ফৌরায়াং লাইকোকশু পোকই। নাওথিংখোংনা খৃ: ৬৬৩ -৭৬৩ ফাওবা মৈতৈগী নিংথৌ ওই। খুমনদগী কারকঙৈদা - খুমন লমদগী লাকঙৈদা। নিংথেম য়ুহারে - নিংথৌ য়ু থক্লে। মখৌরিদগী য়ু অদুবুদি তমনা উইয়ে- খৌরিদা য়োৎথখিবা য়ুদু তশেং তশেংনা উই। য়ুলা - হাওনু লাসংনুগী মমিং অমনি।*

## হাওরং মীতরুকপোক

হাওচোংলৈমা কৈথেনথানবী মোমনু য়াওব্রা মশীংশু চকমোম তেমখাঙলোনবী লোইদাম থাবু ফাবীগা

থানা নমু পোংপুম তরুকশুনা পোকললকপবু ওন্না লানথৌয়াঙ কৈরেন কৈমিংনবসুঙ পোকললকয়ে। অদুনোংগীবু লমলেন হাওরং মীতরুক পোকও থোন্নেয়ে। *(নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা)*

*মোমনু - নুপী। য়াওরা মশীংশু - কুম থা শুরবী, গর্ভ লৈরবী। চকমোম তেমখাঙলোনবী - মবুক কংবী। লোইদমা থাবু ফাবীগা - থা শুরবীগা।*

## হাওশিপারোৎ ফুরাশি

লাইরেন মৈদিংঙু অয়াংবা শরিচোংবনা অদোন য়াইথিংবা-ও নোংয়াই নপুঙয়াইদা নিংথৌ ফম্বাল হাংফরোই। নোংয়াই নুপুঙয়াইদা কুমথরো হায়না য়োইচানবীরবদা। অদোন য়াইথিংবা নুংনাং উশোনবদি ব্রাকয়ে খোঙওইননা নোংয়াই মপুঙয়াইবু ইন্দানখবরদা। মদাইরেম তোংজেং নাউমৈগী খুমুনৌজাওশুবা হাওশিবদি পোইরৈ মপল লমবু নুংশিবগী তোংজেং নাউমৈথক্কী চোংথহৌরে। নোংয়াই খুমন নিংথৌ অদোন য়াইথিংবনা ইদাইরেম হাওশিবদি শিরবরা হায়না পাওহংববু। ময়ুম নোংয়াইনা ব্রাহায়না শিরববুদি ফুরাবাও কৌয়ে। অদুনোংগীবু হাওশিপারোৎ ফুরাশিও কৌয়ে। *(খুমন কংলৈরোন)*

## হাওসেং পনতোনয়া

হাওসেং পনতোনয়াব্রে কৌপাতি কদৌনোংকিনো। কেকে মোইরাংনিংথৌ পুরিকলাই চীংখুতেলহৈপা মহাকথকতা লমলেন কোলোয়-থোললকপা লমপু খিচিক মাঙব্রোইননা লমসেংলককে। পুরিকলাই তেলহৈবা মমোম য়িব্রাংলোন লৈমা য়োইরেন তোমপোকপীতা কংলা লাইব্রা পরিংলৌপী লোকলৌ তচি সাপী মমোম য়িব্রাং হোইথিফপকীপু। মৈতিংঙু নোংপোক চাখা খোঙচোমপা নিংথৌ য়োইরেন তোমপোকপানা য়িব্রাংলোনপু পোইরৈ চৎব্রা হায়মননাকে ব্রাংঙম নুব্রা তেমমননাকে হায়পাকীপু ব্রাহমলকয়ে। তয়ম হাওপা খমলাং অতোনপা ব্রাংখৈ লৌরেমপম পিপাব্রো নঙখোয়পু লাউব্রো। য়িমান নিংথৌ ঙাঙোই  ব্রুরা লাইচিংখু তেলহৈপাতা পাউমেললুব্রো। লাইরেল ঐতি তুপি সাপিলৈ লাইরেল সানৌলৈসুং সাৎমননাতে। য়িমোম ব্রাংঙমলোনসুং ফুয়মননাতে লাংপন তৌত্রিকুম য়িতোম মসাৎনৈয়ে হায়পকী তুপি কোলোয় য়িমিংথোনপু নিংথৌ য়োইরেন তোমপোকপব্রো তৌনা কৌএ। পুরিকলাই মমোমলোনসুং মতুনিংথৌ য়িব্রাং পুরিকলাইচা মাপু পোকমননাতে। মসানৌ য়িব্রাংলোন কেকে নিংথৌ অঙনপা চনুসিংপু ফুয়মননাতে হায়পাকী কোলোয় মমিংথোনপু লৈমা য়োইরেন তোমপোকপীব্রো কৌএ হায়এ। লাইরেন ঐকা মিংমাননৈএ পোইরৈ অথাপ্পা ব্রাংঙম অতামপানে হায়কুনে। নমোম য়িব্রাংলোনপু পোইরৈ চৎব্রা হায়মননা ব্রাংঙম নুব্রা তেমমননাকে হায়রকএ হায়না পাউমেললুব্রো। সানৌ য়িব্রাংলোন লৈমা য়োইরেন তোমপোকপীতাসুং সমু মেনোংয়িখুতোন লাইব্রা পরিংলৌপা লৌকলৌ তচি সাপা অসিপু লোননা লমব্রোকনরুব্রো হায়না  থৌসীখিএ হায়তাপারা। য়িব্রাং পুরিকলাই নয়ু ঙাঙঙোই নিংথৌ পুরিকলাই চীংখু তেলহৈপানা মমোম লৈমা য়োইরেন তোমপোকপীপু। পোইরৈ অথাপপাতা কাওচানরোইয়ে হায়পাকী কেকে লব্রাইলৌ তাউথোং তাউথোং লৌরেনপাতা সঙলেন তয়না সানা মতোম সংসাননা সানথুপখিএ। অতুনোংকিপু লৈমা নমসাংলৌব্রো তৌনা কৌএ। মৈতিংঙু মতাইলেম হাওপা খমলাং অতোনপা ব্রাংখৈ লৌরেনপা পিপানা নয়ুনিংথৌ সনা মখোঙখাতা মানপী খুতপননা মুকমু লৈতোনকোম্না ব্রাকৎচখিএ। কেকে লয়মাপা ঙাংঙোই

পোংলেন হনপারো য়িপুংগু তাউরো। কেকে নওকী মাকলৌরেন লাইরেন মৈতিংগু নিংথৌ য়োইরেন তোমপোকপানা থৌসীরকয়ে। নমোম লৈমা য়োইরেন তোমপোকপীপু লাইরেন ঐকা মিং মাননৈএ। পোইরৈ অথাপপা ব্রাংঙম অতামপানে হায়কুনো। পোইরৈ চৎব্রা হায়মননা ব্রাংঙম নুব্রা তেমমননাকে হায়রকয়ে হায়না ব্রাকৎচরাপতা। কেকে য়িব্রাং পুরিকলাই ঙাঙোই চীংখুতেলহৈপোনা পাওখুমলকয়ে। মৈতিংগু মতাইরেম সিংব্রো ঐতি য়িমোম য়িব্রাংলোনসু ফুয়তে লৈমা য়োইরেন তোমপোকপী কৌপীসুং পুমনা লৈতে হায়না পাউখুমঙামলাপাব্রাকী থিংলৌ নিঙনা তেরাপাতা মৈতিংগু মতাইরেমসিংনা কেকে সিঙচা ব্রাইকোইপা মোইরাং য়েনলাং থৌচৎপসিংতা লোননা লোননা পাউহংপাপু। লৈমা য়োইরেন তোমপোকপীতি কেকে লৌব্রাইলৌতাউথোং মোইরাং তাউথোং লৌরেনপাতা সঙলেন তয়না সানা লোননা সানথুপলিপানে হায়পা পাউতাকখোনকী। হাওপা খমলাংঅতোনপা ব্রাংখৈ লৌরেনপা পিপানা তাঙচা খোঙখুল লীথিরাপাকী। য়িব্রাংলোন লৈমা য়োইরেন তোমপোকপীতা লাইরেন মৈতিংগুকী কোলোয় মপাউমেনপু খাকতানা লাইব্রা পরিংলৌপা লোকলৌ তচি সাপাপু কৎনা ব্রাহমলপাতা। লৈমা য়োইরেন তোমপোকপীনা পাউমেললকয়ে। মৈতিংগু মতাইরেমসিংব্রো লাইরেল কোলোয় মতিমেন অসিপু নুংসি পুকনিং চঙলুপাকী পোইরৈ মপুংয়ায়তা য়াংকোইকে হায়না নিঙচাপাপু। য়িপল পনথৌনিংথৌ ঙাংঙোই লয়মাপানা পোইরৈ অথাপপা ব্রাংঙম অতামপানব্রাইকী মমোম ঐপু লৌব্রাই সংত্রেংলমকী সঙকায় অসিতা সানথুপহলয়ে। তৌয়িকুম লাইরেন য়িনেমমচা মৈতিংগু নোংপোক চাখা খোঙচোমপাতা পাউমেননাপিরুব্রো। নয়িম পোইরৈ মপুংয়ায়তা ব্রায়থুংলুরাপাকা লহান য়িনুলাইকুম লায়রকানি য়িনু তাইপি তমপি লায়পাকুম লায়রকনি। লমলেন মতাইমা চীংখোঙসুমপা কেকে সুপনিলমকী। কাসান সনকৎলমতা তোকমুকুম য়িমসঙ লৈএ। তাউপাকুম য়িমলৈনৈএ সাপী য়াংকোই চঙপিতে হাওরৈমা য়িয়োংথাংপিতে লমপান ফৈরুক তমপিতে হায়না পাউমেনপিরুব্রো। তৌয়িকুম য়িপাম কেকে চাউপাপুংতি পোইরৈ লোইতাম মনুং ওইরকলাপাকী থংপি তৌচেনকে হায়এ। লাইরেন মৈতিংগুপু হুয়েল লানতারকব্রো হায়রুব্রো হায়না কেকে কনা সানতাকতা মোইরাং কনা সানকাঙতানা লোননা হুয়েন লানপাউ চেললকলাপাব্রাকী। নিংথৌয়োইরেন তোমপোকপাতি হুয়েন লানতারকলে। খুমুচম খুৎলংলোই খোইনাইচম সনপোৎলোই মোইরাং ক্রুতোইচম য়াখংলোই পাখং থাঙকোক চোমপুনলোই নুরা তোংচেং ফামহাইলোইসিংনা থংপি তৌচেননারাপাতা। মৈতিংগু নোংপোক চাখা খোঙচোমপা নিংথৌ য়োইরেন তোমপোকপানা থংপি তৌয়ানমাঙতা হুয়েল লানতারে। কেকে খুৎলংচীংচাপী মোইরাং সনপোৎ হনচাপী পোকপী মচন থিংকুসু অরাইমোংপা চনু য়ামপী মাচন লৈরোংতাউপী হুইচিললককী হুইয়ালোই থপাথোং লানমিংনাইপাপু কায়না হনলাপাতা। লাইরেন মৈতিংগুনা কেকে নমু মীপুমমাকা খুমু নৌরোঙমাকা পানা থীপাপু খুমু নৌরোঙমানা থোইরাপাকী। মৈতিংগু নোংপোক চাখা খোঙচোমপানা খোয়মা নারোননুংতা হুয়েল লানথিখিপাপু। করোং য়িমলেনপা সেককুরেকচা লেরা অতোনপা চৈরৈ ফিপানলোই খুমু নৌখোমলোই ব্রাকয়ৈ হিসাপানা কমপোং নারোননুংতা সানথুপপাপু তানফংলরে। করোং য়িমলেনপা পিপা লেরা অতোনপানা মানপি খুতপনানা মুকমু লৈতোন কোননা ব্রাকৎচরকএ। হে লাইরেন মৈতিংগু নোংপোক চাখা খোঙচোমপাব্রো। কেকে য়িনিংথৌ নমান ক্রুরা লাইচিংখু ঙাংঙোই চীংখুতেলহৈপানা মমোম য়োইরেন তোমপোকপীপু লাইরেল নংঙোনতা কাওচানাকে হায়পাকিপু অব্রোং অক্রুন কয়ক্রুন সারুং সনসেন নাউরোই অপকমা তমপাপু লোইরে। মৈতিংগু নঙতি করিকী

অসুক হুয়েল লানতা থুরকপানো হায়না ব্রাকাৎচাপাকী। লাইরেল মৈতিংঙুনা লুরক কাঙতে থিপিতা খৌনাউ লোনথোঙ লেনপিতাখিয়ে। করোং য়িমলেনপা পিপা সেকমু নাউচা লেরাঅতোনপতি তাঙচা মরৈতোননা করম লাইসেংখিপানো হায়না সোনমোইখিএ। অতুনোংকীপু হাওসেং পনতোনয়াব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মৈতিংঙু নোংপোকচাখা খোঙচোমপা- মৈতৈ নিংথৌ থংবী লাম্বুবা। মৈদিংঙু মোইরাম্বনা নোংবাম্লোন খুমনখোম্বী পাম্নদুনা থংবী লাম্বুবা পোকই। মৈদিংঙু থংবী লাম্বুবা (খৃ: ১৩০২-১৩২৪) না ইরাংলোন লৈমা য়োইরেন তোমপোকপী, লৈমখুবী নিংথৌ তোরাচনু, য়ুমখুচনু, য়াঙ্গোইশু, থোংবমচনু, লৈমা থংদাগা তরুক পাম্নদুনা য়োইরেন তোমপোকপীনা খুমোম্বা পুমিংনবা পোকই। নিংথৌ তোরাচনুনা সনা ইম্লেন খানবা পোকই। য়াঙ্গোইসুনা সনারেম্বা পোকএ। থোংবম চনুনা লোইজাঙম্বা পোকই। য়ুমখু চনুনা ক্লাকপা থরাম্বাবা পোকই। লৈমাথংদানা খোনৌবা পোকই। চৈথারোল কুম্বাবদা- " শকাব্দ ১২২৪ দা মৈদিংঙু থংবী লাম্বুবনা নিংথৌ ওইএ। মরিং নাএ ঙমএ। লান্দি মরিং মনাতোন থাঙশাবা থিংকারিনুমানবা হাওনু লৈহৌবী লৈহৌবা খাংলক লাম্হৌয়াং ফারকএ। অমসুং মোইরাং নিংথৌ চীংখুতেলহৈবগী মচানুপী য়োইরেন তোম্পোকপীবু পীদে হায়বগী হি তোংদুনা লোক্তাক্তা লান শোকনৈএ ঙমএ। লান্দি পোকপি মচল থিংকুসুনাচিংনা লান য়াম্না ফাএ। অমসুং মখারোম শেককুচীংদা লোইবী হাওগা লান শোক্লৈএ ঙমএ। লান্দি তেংকোংবী মারেম নমঙাবা ফারকএ। মৈদিংঙু থংবী লাম্বুবনা চহী ২২ পাল্লমএ।" থংপি তৌচেননারাপাতা হায়বসি অতোপ্পা লাইরিক অমদা খামপী তৌচেননাপাতা হায়না ই।*

*কয়ক্রুন সারুং। (কৈক্রুন শল্লুং)-ফৌগৈ শলনচিংবা পাম্নবা ফম অমগী মিং।*

## হাওয়ামহিং

ঈথিং মহিথেন্দা লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবনা লৈমরেন শিদবীগী থাংলেন মখুৎশু য়াইওইবা খোইয়ম পাফল অরিবা মরনকুনা ককয়েন মথিক খাইনা চোংথোক্লকয়ে। অশিবা চাম্মসুং হিংখৎলকয়ে অদুনোংগী লমলেন হাওয়ামহিংও তৌনা কৌয়ে। *(তুতেংলোন)*

## হাওয়েল য়াংকোইপুঙ

লমলেন মদাইমদি হাওয়েল য়াংকোইপুঙ য়াংবা কাইপা থাংয়ানলম লীকলাই তারোঙ পারেংকোন হাওরম নিঙকোই য়াইমবনা সমুখোঙবু থীননা মীকপব্রাইও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নোংয়াই হাওরম মচী অহনববু মসানৌ হাওরমতোন লৌথিবনা থাংলেন মখুৎসুনা লীকলাং মনুংচঙ থাপা ঙঙকোই লীককা পানা য়ানথুঙামলাবগী লীকলাং চোইনা কেলনা লুতুরে হায়বগীদমকপু। মসাপী হাওরম নিঙকোই য়াইমবনা সানৌ হাওরমতোল অতোল লৌথিবা নংদি নাসাবী নোংয়াই হাওরম অহলববু করিগী থাংলেন নখুৎসুনা ঙাইথিদা তিমেল নানুংচঙনা ঙাইখঙদনা নসাবীবু করিগী ব্রাইরা নাসাওই হুয়েল নারাল ওইনা য়ানথুরাবনো। সানৌও নংদি য়াঙমল কাইমললে হায়না মীকপলময়ে হায়বগীবু হাওয়েল য়াংকোইপুঙ য়াংপাকাইপা থাংয়ানলম লীকলাই তারোঙ পারেংকোন হাওরম নিঙকোই য়াইমবা মীকপব্রাইও তৌনা কৌএ। *(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

*খুমনগী হাওরম নিঙকোই কৌবা ময়াম্বা অহনবু মনাও অতোনবা হাওরমতোন লৌথিবনা ময়াম্বগী শিরিবা লিককা ঙক্কা কোম্নন য়াম্বুরবগী কোক্তা লোয়ননা লিক অদুসু চোইনা কেন্দুনা তারে। ময়াম্বা হাওরম নিঙকোইয়াইমবনা ইনাও হাওরমতোন লৌথিবা নয়াম্বা অহলদা শা লালঙম্না করিগী মঙক ককপনো। ইনাও নঙদি রাখল লৈতনা অনীংবদু পাঙথোকই হায়না কপ্লম্মী। মরম অদুদগী হাওয়েল য়াংকোইপুঙ য়াংপাকাইবা থাংয়ানলম লীক্লাই তারোঙ পারেংকোন হাওরম নিঙকোই য়াইমবানা কপ্লম্বা মকম কৌথি।*

## হাপসা

(১) তোরয় নমসাংমাতি হাপসা ঙাহোনসোয়ও কৌপাতি। খেনতে নিংথৌ হাউতক লায়পানা খরায় চাংতোন খল সোয়রেল খমখাং লৌনা সোয়সেনঙেতা। হুইতৌ নিংথৌ য়েনব্রাইপানা কাওরেল সনপূমমাকী ঙা ব্রাললে। লেমলৈ পুঙমতারাপীকী ব্রাকয়ৈ মখুনেৎতা ফাহাপনানা হোল্লকএ হাপসা ঙাহোন সোয়ও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

(২) হাপসা থোনমরক্তি। অসাইঙৈকী খুনমা লানয়াপানা কেকে মোইরাং খুমুনাউ সোয়সেনপা ঙাংঙোই ইচেপপু হাপলকঙৈ। মরুম তেকনু নামোইনুনা ইথংলেনপু কতৌপা পুমনা হোনখিপানো হাপাসা-ও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*হাপসা থোনখিবগী মপুঙ ফাবা ব্রারী পুমলেন থোনখিবদা য়েংলগা খঙগনি।*

## হামতেং

কৌবা মতাইমদি য়োয়বু খোইমোম লাইরৈমা লাইখুরোম্বী লম্বুলোকপীনা থোঙরেন শচুং নিংথৌ শচুং লাংমৈরেম্বা শানা চীংখোঙ পোইরৈতোন্দা পাউতাক খৎলকপনে। নয়ু চীংখোঙ পোইরৈতোম্নসুং করম থেংবা কোইবনে লেমলৈ অসিসুং করম হাম্বনো। অদুনোংগীবু খাবা লৌ হামতেংনে।
*(লাঙোল চীঙোইরোল)*

## হামেঙ খেনচি চীং

লোইপী মারেমনা হামেঙপু খেলব্রো কৌএ। থুমপু মাচিব্রো কৌএ। হামেঙ খেলনা থুম মাচি কারে। অতুনোংকিপু হামেঙ খেলচি চীংব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মৈদিংঙু খুমোম্বা (খৃ: ১২৬৩- ১২৭৮) না পানবা মতমদা কবোনা লান্দারক্নুনা সমসোক, তরেৎ নমথৌচীং, তরাউ লৌচিংফৈ, নোংপোক মহা ঈমরু, হামেঙ খেনচিচীং, চুমপং, হৈরেম কেরেচীং খুনচান লাম্লুমথেন, শেংমাই তুরেল, কাওরেল ওনথচীং, নুরা খোমলেনচীং, হৈরেম মচীসোয় খুনচান মনাউসোয়, হৈরেম মরকসি কোনয়া থোইতিংপাল, থমলান ফাওদুনা লাক্রুগা ইকোপ লাইপনসোয়দা কবোনা তেঙোল লিংলরবদা, খুমননিংথৌ পুন্সিবনা মৈতৈ নিংথৌ খুমোম্বা, মোইরাং নিংথৌ সোঙলেন লানথাপা লাননেক্নুনা শোক্রবদা কবো মায়থিবা পিখি। হায়রিবা লমশিং অসি থোনখিবগী ব্রারী মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবদা য়াওই।*

**হায়ু কাবা থেন**

**হৈনা য়াংনুখাম থোনখিবদা য়েংবীয়ু।**

## হিকারম

**লয়রায় মুংপীমাতি। মৈতেংঙু পুনসিবা চৈকনথেকপা নুয়াম ফাবনা ঙাংখা লমলোকঙৈ। হাওতক সনপনয়াতা খৌসাঙৈ। কেকে মোইরাং লমমাবী লমমাচাউ চেংলৈয়াঙ থাউতৈসুবু কায়না হুললকঙৈতা। তোংচেং ব্রাকয়ৈ মখুনেৎ লাংথাঙমবা মল্লাফাববু ব্রাকয়ৈ মৈনাওন তোংচেংলুনা হুননা থাংলমএ। অতুনোংকিপু মৈতেংঙু পুনসিবা ব্রাকয়ৈ হিকারমও তৌনা কৌএ।** *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*মৈতেংঙু পুনসিবা- খৃ:১৪০৪-১৪৩২ ফাওবা পানখিবা মৈতৈনিংথৌ। ঙাংখা লমলোকঙৈ -ঙাংখা লম লৌশিনঙৈ। খৌসাঙৈ- লান্দাঙৈ। কায়না হুল্লকঙৈতা-লাল ঙমদুনা পুরকপদা। মৈনাওন- মমৈ ওম্না, হিনাওনা ওনশিন্দুনা।*

## হিলোকপুং

তোরয় নমসাংমাতি। কেকে মোইরাংনিংথৌ সাংতোন লৈনাউতাপানা ব্রাকয়ৈ মৈরোঙপা তোংচেং হিনাউ পাব্রাকয়ৈ মসাপাংমাতা নমু পোংপুম মঙা হৎথিনপা। ব্রাকয়ৈ হিসাংপাংমাতা নমু পোংপুম মঙা হৎথিনপা। সুপনা তিললাপাদি চামমা মরি থিৎপা হিপু। ব্রাকয়ৈ খোঙওইননা খুমন মংখুন লৌঙাকপী তাইকোন লৌসঙপীপু ফাকে হায়না হুয়েল লালহৌরকপাতা। নোংয়াই খুমননিংথৌ খোংলৈমা মচা ইকোপ লানথপানা থিংলৌ পনচলঙমএ। ওকলেন কোনলোনঙমএ। সাংতোন লৈনাউতাপাতি ব্রাকয়ৈ মৈরোংপা তোংচেং হিনাউপা তোংপানিকিনা। ব্রাকয়ৈ মাঙতা য়ীনকে য়ীনঙমতে তোংচেং নাউহোনকে হোনঙমতে কেকে লানয়াম শিরে মোইরাং লানয়াম তুরে। ময়িম নোংয়াই খুমননা য়ামনা শিপাপুতি কুঙনা শিপাও কৌএ। তোংচেং হিনাউপাসুং লোকলকএ হিলোকপুংও কৌএ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## হিয়াংতেক

**মালেম লৈবুলুম্বী লৈমরেন শিদবীনা লনকুপিরকপা থাঙলেন মখুৎশু য়াইওইবগা তেনবী য়াইওইবগবু। য়োইমোংবা তাওথিংমাং মচিন মনাওনা ব্রাকয়ৈ হিকুনুংদা হাপ্পা হাওরৈ খানা পাংবরম মোংবা খুল্লম ইম্না হুয়েন লান্দারকয়ে। মোংবা তুথুপমদা থাঙলেন মরাই হৌরবগী ব্রাকয়ৈ হিবু ককথোকঙাময়ে তোংজেং হিবু শমথৎঙাময়ে। থাঙলেন য়াইওইবসুং তেনবী য়াইওইবসু লাইজ ঈরোম্নুংদা তুমখিরে। অদুনোংগীবু মোংবা হিয়াংতেকও তৌনা কৌয়ে।** *(তুতেংলোন)*

*হিকুনুংদা- হি মনুংদা। মোংবা খুল্লম ইম্না- তুরেল ঈচেল মতুং ইম্না। মোংবা তুথুপমদা- হিদেন অমদা। থাঙলেন মরাই হৌরবগী- থাঙ মথিফোঙলবগী। শমথৎঙাময়ে - ককথৎলে। তুমখিরে- লুপখরে। মোংবা-তুরেল।*

## হিয়াংথাং

গরিবনিৱাজ মহারাজনা খোংনাংথাবা শান্তিদাসকা লোয়ননা লৈপাক মীয়াম হি ঈশম চাইবা তোংদুনা লময়েংবা মখারমদা চৎলি। ফুবানৱাদা উতোংচাক চারিঙৈদা কোনুংগী শগোল তোংবনা কংলা চাক্লে হায়বগী নিংথৌদা পাও পীররে। অহানবদা স্নাকৈথেন কায়রে চুম্নদা কায়বা নত্তে মানা মানা পুবা পোৎতো হৌজিকফাওবা লৌনদরিয়ে। অদুদগী কংলাদা মৈ হৌরে য়ুমগী মখে তুমনা চাক্লে য়োইবু য়োইহে পুম্বনা পুমকাই কায়নরে হায়বগী পাও তম্নবদা। খোংনাংনা হায়রে ঐখোয়গী লৈপাক অসিবু লম্বোইবা অসিগী মতুং ইল্লকপা থাংজ তরেৎ লাক্লে অসিনা চাকপনে। নিংথৌদি হিদা তোংলে লৈপাক মীয়ামদি খরনা হিদা চৎলে খরা অমনা খোঙনা চৎলে। দেবীগী চীংদা নুমিৎ তারে হি থাংলে অদুদগী হিয়াংথাং কৌখরে। *(মিয়াৎ লারৈ লাথুপ)*

## হিয়াংলম

মুংয়াম্বা মহারাজনা ইম্ফালদগী মাইল ৪০ লাপ্না শুগু অসি নোংমদা হিনা লৈহেম্নবা চৎপা ঙম্নবা হায়দুনা হীবম অমা তুবৎ তৌথৎতুনা শেমলগা খৃ: তুং ১৫৬৪ দা মহারাজনা হিয়াংহিরেন তোংদুনা শুগু লৈহেম্নখি। খোঙচৎ অসিদা হি লাকতুনা মহারানীগা মনাই খোংশেম্বগা শিখি। মুংয়াম্বা মহারাজনা চৎখিবা হীরম অদু হৌজিক ফাওবা হীয়াংলম হায়দুনা লৈরিবা অসিনি। *(মণিপুর ইতিহাস)*

*চৈথারোল কুম্বাবা- কোনশাবা লমমাগী কুমশোক ১৪৮৭ তা মৈদিংগু মুংয়াম্বা হিদোংএ। লমসুং থোকএ। সুগনু লৈহেম্নদুনা চীংশাং নাকপাক্তা হিরাকএ। ইবেম্মা সেরেম্বীসুং মনাই খোমশেংসুং ২ মা শিএ।*

*লৈহেম্নখি - অহিং য়ারেক্তনা হল্লকপা।*

## হিংনা পাৎ হিংনাচীং

কৌবা মদাইমদি খাংসু নাহা লায়রবা লৈকাই তিমেন তা ৱায়বা তুবী থিংকু খাউচৌ তানবনা লারোং লাগা হেকপদা। তুবী অঙনবা লাইরেন অরেম্বনা তুবী হিকথোকপা লাইরেন ফিফৌদববু লমওক্লরে। খাংসু নাহা লায়রবা তিনমেন মখুৎশুনা চৈবীরে। লাইরেন তাউরোইনাইদি লাইজা ঈরোমুংদা তুবীশিতমলে লাইরেন নাতমলে। মপারি লাইপাখং তরেৎমনা ইপান লাইরেন তাউরোইনাইও থরৈ কুমসে লেমলৈ তাসে হায়ববু ইপন নঙনা ঈপুক থুমহিরোই লাইরেন ইনম থুমদে ৱাকলবগীদমক তুবি করি সিতমলবনো লাইরেন করি নাতমলবনো কল্লকএ ইপনও হায়না পিরেম খকমাতানা মীকপখিএ। খাংসু নাহা লায়ববগী তিনমেন মখুৎশুবু লাইজা ঈরোনুংদা য়াংলৌ থানজিথক্কী ৱাইথোকলুববু মদাইরেম অশৈ পনমাবা খানৌনুংতোংচানা ৱাংলেন মপুংচৈনা হুল্লবদি লেমলৈ ঙামৈশাংবু ওইখিয়ে। উতুপ শীংয়িনা মপুম্না হুল্লবদি ঙারেন কোকপাকপীচাবু ওইনা শানওনখিএ। নোংপোক চকথাঙ থাঙকোক মখুৎশুনা হুল্লবদি ঙারিন তোংচং সোংনাইবা ওইখিএ। চকমোম খাম্বী মৈতাম্না হুল্লবদি পুনুং থারাইকোকপী ওইখিএ। হাউমন মশিংপাকনা হুল্লবদি ঙামাই নোংয়েংবীচাবু ওনখিএ হায়দবরা। মমোম লাইরুরা তরেৎমাসুং ইপন লাইরেন তাউরোইনাই নঙবু লাহান নমোম

ঐখোয়না ৱাহম্বৰু ৱাচানদবগী তুৰী নতীক নত্তবা লাইরেন নপানদবদা কদৌবা নোংমনঙম্বনো হায়না মীকপ্লকয়ে। ইপনও অমন য়াংলৌ লৈখাকেন পুনুং য়াংলী তৎলবসুং ইপন থিংকোক লাইও নঙবু থাঙঙা ইরৈকোক ইরৈকাইনা হায়নঙৈনে নোক্লঙৈনে । ইপন লাইরেন তাউরোইনাইও কদৌবগীনো কল্লকএ। ইপন নঙবুও নমোম ঐখোয়না তাংজা ইকাইএ। তুৰী নমৈমাবু লেঙলকও ননামাবু হুমলকও। নমোম তমফা ৱাংঙমলোন পাম্থোইবীনচিংনা খাবীমথি নাইনা কোরৌ নোংতামতা থবী নোংলেপ্তুনা হেকঙাই মপাউচাউ পিরেম খকমাতানা মীকপলবদা। মপন লাইরেন তাউরোইনাইদি তুৰী মমৈ লেঙলক্লে লাইরেল মনা হুমলকলে। শীংঙেন অসুম্না ওন্দেরকলে লৈরাং হনৱাইরকলে হায়দবরা। অদুনোংগীবু খোইমোম লাইরেম্মা তরেৎমসুং চীংঙু লাইপাখং তরেৎমসুং মীকপচীংনে। তুৰীশিঙমৱাই লাইরেন নাতমৱাই মপারি মমোম তরামরিমাবু মপন লাইরেন তাউরোইনাইবু হিংনা লোকনে। পাৎনিগীদি লাইরেন হিংনা পাৎনে চীংনিগীদি লাইরেন হিংনচীংনে। *(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

*চৈবিরে-থিনলে শোকহল্লে। শিতম নাতমলে- শিরুম নারুম তৌরে। থরৈকুম্বা- শিবা। লেমলৈ তানবা-শিবা। পিরেম খকমাতানা মীকপখিএ- মপি তানা কপখি। ৱাইথোকলুববু-পুথোকলুববু। ৱাংলেন মপুংচৈনা- মাগী পুং য়ৈনবা চৈনা। শানওনখিএ- ওনখি। সোংনাইবা- মশোং নাইবা। চকমোম- মৈ। হাউমন- শিং। ৱাহম্বৰু- ৱাহায়বৰু। ৱাচানদবগী- হায়বা য়াদবগী, তাদবগী।*

## হুইকপ

শেল্লোয় চীংলেন নাপোম্মদি নুংবান নানবা শাথিবগা মশানৌ নানবা শাফবগা লাবা খুমনবু য়াংদৌ শারম লীবদা মশাবি নানবা শাথিবগী তিমেন মখুৎশুনা মশানৌ নানবা শাফবগী খুবোম থাংথোংলমদা ইমু ফিরাক শানা চৈবিরে। নুংবান নানবা শাফবনা পাখং শঙদিং মখোঙয়োম ইমু ফিরাক শাবা ফিবু য়াংলৈ তাউবা মহুইচাদা য়াংলা কারৌমিদগী ওঙলে। য়াংলৈ তাউবা মহুইচানা অচেন লোকলৈহৌনা নানবা শাফবগী মোমনু তল্লোয় মরুম্বীদা য়াংলৈ মৈগাথুপ তাউবা নাগাহুমনা মীকপালুইএ। মোমনু তালোয় মরুম্বীনা থংলেন নানবা শাফবগী শঙদিং মখোঙয়োম্বু ইমু ফিরাক শারে। লাংলেন ৱাচীনচাউ লোকলৌ শৌরাইতুমনা ঙম্বল্লবা নরিঙৈনে হায়না থিকলেন থাবু ফু অচেন লোকলৈহৌ লোকলৌ খুদোনফুনা ইন্দাল্লকএ। য়াংলৈ তাউবা মহুইচা য়াংলা কারৌমিনা অনৌবা হন্না মিকপঙামএ। অদুনোংগীবু হুইকপ লমদাইথেৎও তৌনা কৌএ। মোমনু তাল্লোয় মরুম্বীনা থংলেন নানবা শাফবাও লোকলৌ শৌরাইতাংনা ঙম্বল্লবরা পাউহংখিএ। মশাবি নানবা শাফবনা পাউখুমলকএ। ইশাবি নানবা শাথিবা তিমেল মখুৎশুনা চৈবিএ পাউখমখিএ। থংলেনও নশাবিগী তিমেন মখুৎশুনা করম চৈবিরবনো। নুংবান নয়ুমনাক লুৱাং নশাইকোনবু চঙলগনুসে পোইরৈতমদা তা ৱাংঙম তমদা কুমলসে হায়না মোমনু তাল্লোয় মরুম্বীনা শমু ওয়রোম পায় কোংয়াং মচৈশুবু শারেন য়েৎলম ফাম্না শেল্লোয় খুনেৎকুমলকপা লংমাই থেনখাঙ তারকপদা কোংয়াং মচৈশুবু শৌনা শৌনা কুমলকএ। অদুনোংগীবু নুংবান চৈবি ৱাশৌবা হুইকপ লমদাইথেৎও থোম্নৈএ। *(নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোল)*

*শঙদিং-ফি। নুংবান-লুৱাং। ইমু ফিরকশাবা- ঈ থোকপা, ঈখেং তাবা। য়াংলৈ তাউবা-হুই। অচেন লোকলৈহৌনা-চেম্না চেন্না। য়াংলৈ মৈগাথুপ-হুই মমৈ থুপ্তুনা। তাউবা নাগাহুমনা-হুইগী মনা খম্না হন্না। মিকপলুইএ কপ্লুই, খোংলুই। ৱাচীনচাউ-ৱা মচীন অচৌবা। শৌরাইতুমনা-শৌ শাবা অতুম্বনা।*

*ওয়ারেবানরিঙৈনে- শোকপা ওইরিগনি। থিকলেন থাবু ফু-থবাক্তা ফুদুনা।ইশাবি-ইয়াম্বা।*

## হুইতুম

হুইতুম কৌবদি তাওরোইনাইনা হুইগী মশক ওইনা তুমলময়ে। অদুগী হুইতুম কৌয়ে। *(লম্মীংলোন)*

## হুইনাও

কৌবা মদাইমদি নয়ু হোঙনেম লূরানিংথৌ পুন্সিবনা লাবা খুমনবু য়াংদৌশারম লীবদা য়াংলৈ তাউবা মহুইচাবু য়াংলৈমানা হাইথংলে ইমু ফিরাক শারে। অদুনোংগীবু হুইনাও তৌনা কৌএ।

*(লাঙোল চীঙোইরোল)*

*য়াংলৈ মানা-হুইগী মনা। হাইথংলে-তংলে।*

## হুইনিং

লমলেন মদাইমা খোইমোম লাইরেম্মা য়াইরি সমপালথোংবু চুনবী তেরা উতোমপোকপু তেংথানবী মথংলেন খোইমোম লাইয়িংথৌ লিরেন পথুপলোনবা য়াইরি লোকমাই হেনবা মার মখোংখুনবু থিবলম হুইনিং ফুমচং লৈরি লৈতৌরমও কৌবদি কদৌনোংগীনো। হয়িঙৈদা খোইমোম সমপুম মহারাবা চীঙব্রাং নোংমাবা তাংচা মশম ফায়েৎনবনা চরৈ ফিজেৎনবা কাংক্রু লিফম কাংতোলথক্তা য়াতাবা উলচিক ব্রাউচিক ঈবু চাকচানবা কুরুম চীংতোমপোক্তা থৌথাবা লাইয়িংথৌগা খোইমোম লাংবুম অরিবা কোরৌ নোংমাই ঈহুলবা থিরেল চপুকনুংগী ঈহুলবা লিলব্রাই ঈমরুদা থৌনাবা লাইয়িংথৌগা মালং য়েৎত্রে লৈবনা খমকোন ওইত্রে হুম্বনা তুবি মদোম ফুচিলনা লাইরেল মদোম কামচিন্নবা মালেম লৈকনয়ান চীংলেন ফৈতুপ ককনা লময়েন্নোং। ব্রাংবল নোংমাবনা চীংলেন ফুমকন তৌ লৈরি য়াংইসোল য়োৎপী হুইগাথা কাপতু লৈখেলেংনা লৈয়েন্নরময়ে। অদুনোংগীবু খুনফম লৈরি হুইনিংচীংথক চীংখাও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*অথোইবা লমদম অমদা লাইরেম্বী শমলাংনা য়াইরীগুম ফজবী, শবাম্মা তেরা মদোম হৌবগুম্বগা তেংথানবীনা মপুরোইবা লাইনিংথৌ লীনা মরোন মরোন লোম্নদুনা হৌবা লমদা লৈবগী খোঙুল থীবা লম্বু হুইনিংফুমচং লৈরি লৈতৌলম কৌবদি করিদগীনো। থাইনা চীংদোন অব্রাংবদা পানবা লাইনিংথৌ সমপুম মহারাবনা মকোক্তা মশম য়েৎশিল্লগা পুনবা ফিজেৎ লৈতেংদুনা শেৎপা, নুংথক্তা ফমদুনা নিংথম কালেন অনীগী নোংগী ঈশিংবু চাকওইনা চাবা, কুরুম চীংদা মতোমতা লৈদুনা ব্রায়েন থৌদাবা লাইনিংথৌ লাংবুম অরিবা নোংথক্তগী ঈশিং পিবীদুনা থিবগী লোইবা নাইদ্রবা মালেম লৈমাইদা ঈশিং থোকহল্লিবা ঈরিল তুরেল হৌরকফমদা থবক থৌরম কয়া লাইরেম্বীগা পাওথোকমিন্নদুনা নুংশিং অকনবগুম লৈবাক লৈকন তৌদুনা চীং কক্লগা য়োৎ য়ুংদুনা লম য়েম্নরমই। নুমিৎ অদুদগী মফম অদুদা লৈরিবা খুনবু হুইনিংচীংথক চীংখা কৌখি।*

## হুইবিতাক

(১) কেকে হুইবিতাক কৌবদি কদৌনোংগীনো। তাইবং লৌরেমজাম্বনা লু থুময়ে। ইনুং শোইয়াইমদা

খোইয়ম য়াখংলোই মাপলমানা ইনুং শোইয়াইমাদা লূকাইরে। তাইবং লৌরেমজাম্বনা তাওবা মহুইচাবু তাইহললে হায়বগী হুইবিতাইও কৌয়ে। খোইয়ম য়াখংলোই পুম্নমক্তি মুদুম মুনা চেনখরে হায়বগী হুইবিতাক-ও কৌয়ে। *(মোইরাং লম্মীৎলোন)*

(২) কেকে কোকপা নৌরেংখোং হুইথৌবা খোংলেনয়াইও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লাহলনোং হয়িঙৈদা কেকে মোইরাং কোকপা নাওরেমচামবগা খোইয়ম লাইহিংচাগা সোয়রেন খমনাপমানায়ে। লুফই নামথুমমানাববু কেকে কোকপা নাওরেংচামবদি তাইবং নমু পোংবু ওইবনিগীনা কোরৌ নোংচারেনবু খোমলেন তুমকনয়ে। খোইয়ম লাইহিংচাদি খোমলেন তুমকনবীদে। অহিং ইনুং সোইয়াইমদা লেমলৈ ঙমনাচা ব্রানচেং ঙমনা চাহৎলবগী থিঙলৌ নীংনাতেনা পাথৌ তাইপঙ কোকপা নাওরেংচামবও নংবু করিগী খোমলেন তুমকনবনো। ইনুং কৌবা সোই সোরাতৈনা ঙাললকলে লেমলৈ ঙায়ামফা ব্রানচেং মাহুমফোয়না লুফুই নামথুমববু কাইরুসে হায়না য়াহৌসানায়ে। তাইবং কোকপা নাওরেংচামবদি থোপলাং নিঙকোয়ফাতা লেমলৈ চারা ফংদববু কোরৌ নোংদামদরবগী উলবী কাচকহৌ তিললাং মখোয় সাওরবগী কোরৌ নুমিৎমাবু য়াংলৈ তাওবা মহুইচা সোংপু মানুংচঙগা লেমলৈ ঙাচঙসোয় সোয়রেল খমঙাকফমগী খোয়মা নারোননুংদা সালথুপলে। খোইয়ম লাইহিংচানা ইনুংসোয়য়াইমদা লেমলৈ ঙায়াম কাইনা ব্রানচেং মপূককংনা চারবগীদমক তাইবংকোকপা নাওরেমচামপানা য়াইবি কনহৌনীকনা য়াংলৈ তাওবা মহুইচা সোংবু মনুংচঙ খান পারেং হানবা য়াংলৈ মৈতাঙবা তাঙচা লৈমুবা সমুখুৎনা থিলবসুঙ খুৎলম খঙবা হুইবু খোইয়ম লাইহিংচাবু তালও হায়না সমু খুৎপু থিননা থৌজিললবগী। হুইথৌ মরাংহৌ য়াংলৈ মথিনাইনা তাওবা খোলজেনথোক্লা লাইজ ঈবুকখায়না তালনাখিরে। তাইবং কোকপা নাওরেমচামবনা খোইয়ম লাইহিংচাদি করম চেনখিরবনো হায়না য়েংববু য়াংলৈ তাওবা হুইখোনজেম্না তাকলময়ে হায়বগীবু কেকে হুইপীতাক নাওরেমখোংও কৌয়ে। খোইয়ম লাইহিংচাসুঙ লাইজ ঈবুকখায়না মুতুম মুনা চেনখিরে তাওবা হুইনা তাকলময়ে তাকমুও তৌনা কৌয়ে। তাইবং কোকপা নাওরেংচামবগী য়াংলৈ তাওবা মহুইচাসুঙ করম থৌবু থৌবনো হায়বগী কেকে কোকপা হুইথৌবা খোংও তৌনা কৌয়ে।
*(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

## হুইমাঙলোক

(১) লংমাই পায়বং লৌথিবনা শবি লৈরাংশোয়পু শোয়কাইবদা লীকলাং মনুংচঙ থবানা ঙাংকোয় লীকপু খরাই চাংদোনথক্তা য়াল্লময়ে। লংমাই পায়বং লৌথিবা লীকলাং মনুংচঙবু খুমন খোংগনয়াংনা মিৎয়েং শানখৈরে চেংলৌ মিৎথিৎলে। নোংয়ায় খোংগনয়াংনা অচেন লোকলৈহৌ লোকলৌ লাবা খুদোনফুনা খারাইচাংদোন থক্কী লংমাই লীকব্রাইথখিয়ে। তম্পাক লৈহৌনুচা পায়বং লৌথিবনা শোয়রেন খমখাংপায় তকলৌশিদংশোন থিকলেন থাগাফুনা ব্রাওইখিয়ে। লীকলাং ইনুংচঙ নঙবু পামুথোইয়ে এদি লীকলাং ইনুংচঙবু থবা লীকহুরবা খুমন খোংগনয়াংবু ফংলরোই। লংমাই সিলীয়াং পোনবী থিকফাৎয়াং হৈতুপশুংমায়াং অয়াংববু থৌনেক্কে হায়না অচেন লোকলৈ হৌনা লংমাই মচীংকা শেল্লোয় মচীংলেনবু ইন্দাল্লকপদা য়াংলৈ তাউবা মহুইচাবু মাঙলময়ে। অদুনোংগীবু লংমাই লীকব্রাইরম পায়বং হুয়মাঙলোকও তৌনা কৌয়ে।

লংমাই পায়বং লৌথিবনা য়াংলৈ তাউবা মহুইচাগীদমকপু অনৌবা থিকলেন থাগা ফুনা ব্লাইওখিয়ে। লীকলাং ইনুংচঙ পামুবসুং কদৌফাৎতে য়াংলৈ তাউবা ইহুইচাবু পাম্মুথোইয়ে হায়না থাওলেন মখুৎশুনা উনৌ কোন্দে ফামনা য়াম্না তাউবা মহুইচাবু থিরমএ। অদুনোংগী ফামচা হুইথিরোকও থোম্নেএ।

*(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

(২) শেল্লোয় মদাইমদি নোংয়ায় অরিকখুবা খুমন পাংখাইজাম্বনা য়ারৌ শানাবদা অশাইঙেগী লংমাই ফুরোইনু নৌশিবী মমোম চেপলৈ কাতারিবী লৈখাঙতন্দবীনা ফুনিল নাশিননা কোমপেক খুত্তাশুনা মপনবু শঙবী পল্লেমবু ঙাইবীবু। নোংয়াম অরিকখুবা খুমন পাংখাইজাম্বনা ইমোম ওইনগে হায়না লাংগোই শায়াংথক্তা ফৈরা তান্দাথোংনা য়োইচানচীং খোইনৌ লাংমৈনু মিংথোংব্রাইনে। নোংয়াম অরিকখুবা খুমন পাংখাইজাম্বনা লাবা খুমনবু য়াংদৌ শারম লীবদা য়াংলৈ তাউবা মহুইচাবু মাঙলমএ। অদোন হুইমাং লোকও থোম্নেএ। *(নোংমাইজিং চীঙোইরোল)*

*ফুরোইশি থোনখিবগী মতাংদসু য়েংবীয়ু।*

## হুইমাঙ হুইতান

হুইমাঙ হুইতান লানও কৌবদি। ময়ুম হাওরোক কোম্ল্লৌনা পথুপ নোংলোম্না মোংপা থায়াম্না য়ারৌ শাতানবদা। য়াংলৈ তাওবা মহুইচা য়াংলা শাহুইথৌ তাওবা মীরোন থোকপা লব্রাই ইহুন পাওহনহুই সোঙপু মনুংচঙবু কোয়না কোয়না তান্নরে হুইতানও থোন্নএ। য়াংলা শাহুইথৌবু তিমেন মখুৎশুনা চৈপীরে। অদুনোংবু হুইমাঙ হুইতানও কৌএ। *(লুরাংলোন খোংকুল)*

## হুইমী চীংসাং

তুকহুইচীঙ হুইমী মচীঙসাংও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহালনোং হয়িঙৈদা খোইমোম লাইরেম্মা কনচাওথেকপী সানুবী চরৈ ফিসেৎনা হুইয়াই ঙাইনোক তুংওইকোল য়াংফম কোলোই ঙমদবীনা খোইমোম মসাবী খোমতু চীঙসাবা মচীঙসাং লোক্তু চীঙসেম্বা মাম্লৌলোকপু নাপোম লোকমাইবু খাক্তুনা লীরেন য়াইবী ফামলোইতাম্না চরৈ ফিসেৎনবীগী মার মখোংকুলবু লীরকপদা খুকলু কাংকোইসৌনা অব্রা হুইকং সোল্লমএ। অদুনোংগীবু তুকহুইচীঙ হুইমী মচীঙসাংও থোম্নেএ।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*ঙাইমু অমসুং তুলাই থোনখিবদসু য়েংবীয়ু।*

## হুইমী থোইয়া

হুইমী থোইয়াও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহালনোং লৈমা তেরা উমিংথোংবু মিংনাবনা মথংলেন খোইমোম অঙানবা নহা নিংথৌ য়াইরি থাংবগী মার মখোংখুলবু লিরকপদা খুকলু কাংকোইসৌনা অব্রা হোয়রাং সোলমলমএ। অদুনোংগীবু হুইমী থোইয়াও তৌনা কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*থায়নথৈ উগী মমিং লৌদুনা মিংথোনবী লৈমা তেরা কৌবীনা মপুরোইবা লাইওইবা অঙানবা নহা নিংথৌ য়াইরি থাংবগী খোঙুল লীরকপদা মখোঙ খুকউদা শৌদুনা ব্লাবগী নুংশা শ্বর হোম্দোক্লম্মী।*

*নুমিৎ অদুদগী মফম অদুবু হুইমী থোইয়া কৌখি।*

## হুইরিয়ান

লোইবী মদাইমদি চীংখোঙ পোইরৈতোন্না তাউবা মহুইচাবু অমল শিহুনবীগে হায়না য়াংলৈ কংগা থাংববু। তাউবা মহুইচাবু তাউবা হুইরি ককনা য়াম্লমএ। অদুনোংগীবু হুইরিয়ান-ও কৌএ।

*(পোইরৈতোন খুম্বোক)*

*অমল শিহুনবীগে-শিহনগে। য়াংলৈ কংগা থাংববু-হুইগঙ থাংববু, রা মচা অমগী মতোন্দা থৌরীনা কোঙোই শেমদুনা হুইগী মঙক্কা পুনবা। হুইরি-হুইগী থৌরী।*

## হুইতুম মাঙ

থাঙব্রায় মদাইমদি লমলেন হুয়তুমমাঙও কৌবদি। মৈতিংঙুগী তাওবা মহুইচাবু য়াংলৈ তাওবা লমইন হুইবু লাইজ ঈদা তুমরে হায়বগীবু হুইতুমমাঙও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

*মৈতিংঙু-মৈতৈ নিংথৌ। লাইজ ঈদা তুমরে-ঈশিংদা লুপলে।*

## হুইথিরোক

হুইমাঙলোক কৌখিবদা য়েংবীয়ু।

## হুইথৌবা খোং

হুইবিতাক থোনখিবদা য়েংবীয়ু।

## হুংতুং

লোইবী লৌ হুংতুং হোংতুং সায়াম খুলও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লহান্নোং ঙাংঙোই য়োইমোংবদা খোইমোম লাইয়িংথৌ কাংক্রু য়ুমলেননুংগী সমলাং ফায়েৎনবনা য়াওরৌ সাসিং ১০০ সুনা পিরমঙৈ সারেল সারেমখাকপু লৌজরৌএ। অদুনোংগীবু লোইবী লৌহোং হোংতুং সায়ামলৈও তৌনা কৌএ।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*সমলাং ফায়েৎনবনা-শমুন পুনবনা। সায়ামলৈ-শায়াম শুন।*

## হেকঙাই লোঙখুমতা

কাঙ্গুবী লৈতানপোক থোনখিবদা য়েংবীয়ু।

## হেকঙাইপা সোনচোললম

খুনচাল মেনু লৈমা মেনোং লৈখামফাপীচনু কাওরেন মসনসা খোয়মা লাংয়েনসনবু খোয়মা নারোননুংতা শিরপাপু। খুনচান হেকঙাইপানা চকমোম লাংচরোনকী সোননা সোননা চিংথোকলকএ।

হেকঙাইপা সোনচোললমও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*খোয়মা নারোননুংতা-অশোঙবা নাপী মরক্তা। চকমোম লাংচারোনকী-মৈনা চাকখিবা লাংলক্তগী।*

## হেঙঙায় শল্লুকৎ

হেঙঙায় শললুকৎ কৌবদি। ইচিক সিব্রা কোংনোংথিলবগী কাওরেল মশলচা মালবী কোঙকোইববু চেকনম ফানম্বনা হুচাথে। লাইজ ইরোম্নুং শোয়রেন ফুম্বিখাদা তুমলববু মালবী কোঙকোইবগী কাওরেল শললুকংনা লাইজ ইরোম্নুংগী তাওখৎলকলে। হেঙঙায় শললুকৎও থোম্নায়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*শললুকং-শলগী মকোক অকংবা।*

## হৈকক

(১) থাঙব্রায় মাদাইমদি হৈককও কৌবদি। খোইয়ম লাইয়িংথৌ থাঙব্রায় মারাহম্না লাংগোই শামদোন অয়াঙববু লাংগোই মশা অনিমবু ককলময়ে। শাককও কৌববু পোইরৈতা ফাথীবনা হৈককও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

(২) মোংপা তুথুপমাতি। অঙৌপা নিংথৌ তোরা খুনমা লানয়ানপা মুচীং হিথাপা হাওতক লমফমপা খুনখা লমলোকপানা। কেকে খুমুনাউ সোয়সেনপা ঙাংঙোই য়িচিচেনপাপু ব্রাকয়ৈ য়িখুনেৎতা পুননা হাপঙৈতা। মরুম তেকনু নামোইনুনা সমু লেংলোইতোনপু হলব্রাইপিরমও হায়না পুনেমচাখিয়ে। অঙৌপা খুনমা লানয়ানপানা ঙাংঙোই য়িচি চেপপাকী তাংচা লুরেনতোনপু ব্রাকয়ৈ তেংমায়থকতা তারমএ হৈককও কৌএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## হৈঙাঙ

থাঙব্রায় মদাইমদি হৈঙাঙও কৌবদি। খায়োয়রোন পীতোংনু নুফাবীনা মাপল চীঙতাইরমগী ললউললকপবু তাউচীঙ হৈঙাঙ সংবু লাইরেল মাসাবীগা তংলময়ে। অদুনোংগী হৈঙাঙ-ও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

*হাওতন খোনখিবদসু য়েংবীয়ু।*

## হৈচাংপাৎ

হৈচামপাৎ কৌবদি অদুঙৈদা য়োইমোংবনা হৈ চাম্নরময়ে অদুগী হৈচামপাৎ কৌববু হৈচাংপাৎ কৌয়ে। *(লম্মীংলোন)*

## হৈতৌরোক

থাঙব্রায় মদাইমদি লমলেন হৈতৌরোকও কৌবদি। ময়িম নোংয়াই হৈতৌ মনিল নাইবনা হৈতাওমুংকা সমনাপা মফমনে। হৈতৌ মুংকারা য়াংকোক খপচোইরাবু থোকনালময়ে। হৈতৌ মায়োনখোমদি কুরেক চৈনিরোঙপা লুনাথুম্বা নীঙনাখাবা কোক্তা কানা উলনংবা থোকনাপুঙনে। *(থাঙব্রায়রোন)*

## হৈনা য়াংনুখাম

চীংখোঙ কোইমনাউগা শেল্লোয় মপাতাউ লুব্রাং নাহা য়াওশা তানবগা লাবা খুমনবু য়াংতৌ শারম লীবদা লুব্রাং নাহা য়াউশা তানবনা কৌবা য়িরোং শাবু তিমেন মখুৎশুনা ফেল্লববু ফেনয়োল্লে। শেল্লোয় মপাতাউ চীংখোঙ কোইমনাউগী ফৈরা মতানপাকপু তুরে ইমু ফিরাক শারে ইঙৌ পামফেম্নরে। পাথৌ চীংখোঙ কোইমনাউও করম তিমেন খুৎয়োল্লবনো হায়না পায়না কোম্না কপ্লরৈএ। অদুনোংগীবু চীংকোনও তৌনা কৌএ। তিমেন মখুৎশুবু ফৈরা তানবুনথক্কী শত্তোকলবগা ইমু ফিরাক শাববু হৈনা য়াংনু মনা থৎনা তৈরম্মে। অদুনোংগীবু থৎমা য়িতৈরৌ-ও তৌনা কৌএ। ইঙৌ ফাফেম্নবা খামলমএ। অদুনোংগীবু হৈনা য়াংনুখামও তৌনা কৌএ। চীংখোঙ কোইমনাউনা হায়ু পল্লেম পীগা শোম্না কৌবা মচীংলেনবু হায়ু লাউনা কাখিএ। অদুনোংগীবু হায়ু কাবা থেনও থোম্নয়ে। *(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

## হৈনীং চাংনিংশোয়

লৈনুং থোঙঙারেম্না অনৌবা অমরক হন্না খমচিংকোন শচুং নিংথৌশানা নিংহন শিহনবদা পাউতাকথৎলকএ। মমাইবা থোংনাং কাইবা য়াংও লৈমা পুন্সি নিও নিংথৌ পুন্সি নিও। চীংলোন তমলোন সুদুনা করেক তেনবী থোকনা তোকক্কা য়াইকা য়িনা থৌফি লৈফেলবিনা লৈফলও ঙাংঙোই লৈরাম্বীনা লৈরামও। কোরৌ নোংবু লাৎনা সুপনি শোইনিও। লাখাংবনা সুপ্পু শোইবু খাংনৌও। নাপু নাশেনবনা সুপ্পু শোইবু শেন্নৌও। শায়োম্বনা সুপ্পু শোইবু য়োমনরুও। লৌহিংবনা সুপ্পু শোইবু শোইহিংনরবদা। নাউব্রা অপিশা হলব্রাইচীং থৌদু নুংথোঙহাংনা শনবু কাওরেন শনগোললোক্তা শানথুপ্পবু তুবী হৈরোং নউশা লাইরেন তাউজীং নহৈকোন তরংলৈমচা মরোং শম্পিহনবগা কংলৈ শায়ি লাৎও হায়না পাউতাকথৎলবদা কোম্না খোমলেন মঙচুম চীংনে। নিংনা চাংনিংয়েনখা পোকও কৌববু পোইরৈতাবু থিবনা লুব্রাং হৈনীং চাংনিংশোয়ও কৌএ। *(লাঙ্গোল চীঙ্গোইরোল)*

## হৈনুথুম্বা চনু শীংজল্লম হৈনুনম্বা চনু শীংথাপান

লমলেন মদাইমা হৈনুথুম্বা চনু শীংজল্লম হাইনুনম্বা চনু শীংথাপান কৌবদি লুব্রাং হৈনুথুম্বা চনুগা খোইনৌ মতা হৈনু নম্বা চনুগা মমান মচা নোংয়াই হাওকোকথোং খুমন তহইয়াংগা পামেল তংখাইলৌ শিংবি লুদাথোংনা শীংজনঙেদা। পামেন উরুতৌ উয়ুং শোইনৌ ফুক্রা থারময়ে। অদুনোংগীবু হৈনুথুম্বা চনু শীংজল্লম হাইনু নম্বাচনু শীংথাপান-ও তৌনা কৌয়ে। *(লৈরোন)*

*লুব্রাং হৈনুথুম্বাগী মচানুপীগা মতা হৈনু নম্বাগী মচাগা অনীগী মপুরোইবা খুমন হাওকোকথোং খুমন তহইয়াং গা লোয়ননা শীং খায়দুনা শীংপোৎ শেন্নগা কোক্তা পুদুনা শীংজনবদা উরু ফুক্তোক্রগা অনৌবা উয়ুং পাম্বী থারম্মী। মতম অদুদগী হৈনুথুম্বা চনু শীংজল্লম হাইনু নম্বা চনুনা শীংথাবা লম কৌখি।*

## হৈরাংখোই থোং

গম্ভীরসিংহ মহারাজনা নৌনা তৌবা হিয়াংথাং তাখিবা নম্বুল তুরেল অসি লান্দুনা লৈবাক্লা লাংথবান্দ ম্লাকোনুং কাবদা খুদোংচানবা অমদি লাইরেম্মগী খুবম লৈরিবা হিয়াংথাং তাম্না চৎপদা য়ানবা হায়দুনা নম্বুল তুরেলগী মথক্তা হৈরাংখোই পাম্বীনা য়াম্না নিংথিজনা থোং অমা শাখি। হৈরাংখোই পাম্বীনা

শাখিবা থোংনি হায়দুনা হৈরাংখোই থোং কৌনখি। *(লম্মীংলোন)*

## হৈরেম কল্লকপা লোক

হৈরেম খোংদি ঙখাখোংনে কাওরেল শলনা লাল্লবদি শলমৈ চোৎতে য়াংলৈ তাওবা হুইনা লাল্লবদি তাওবা হুইবুক চোৎতে তেকপী ওকনা লাল্লবসুং তেকপী ওকনম থুমদে। লাইজ ঈব্রাংমদা চোইনৌসনা হোইদোম মানবা পাল্লে। লাইজ ঈব্রাংমদা শংলৌ মাইপোম্বীচা ওংয়ে। হৈরেম পুংমথক্তা থেন মখেৎয়ে থেনমথক্তা পামেল উজাও পোকয়ে। তল্লা শাপীমা নোংনেমলাইনা পাংবরমদা কাইরৈ য়েরুমলৈ পাল্লে। পামেল উশামা হাওরৈ নোংচুপ পাংবরমদা কোকলেন লুশিন ওল্লে। পামেল থেমচামা নোংনেম খানা পাংবরমদি সেরাখোং তেরা পোকয়ে। তল্লা উফৈমা হাওরৈনোংপোক পাংবরমদি শিংলেন চমুব্রারৈওংয়ে। পামেল থেমচামা কোরৌ ঙমথংমা ব্রাঙম ঙমওন্নবদা মেলৈ লৈসনা লোংজুম পাল্লে। খুঞ্জান থেরৈরোংবা মচন লিনশুরোন লাকহিমোম্বী চরৈ লিকলাওপানবা তুংথাংনবীনা পামেল উনাম তানবা তল্লা অঙনবদা পানবলৈ অসিবু ময়িম হৈরেমনা তেংথানা মেলৈবু লোংজুমও কৌয়ে। মেলৈ লৈসনা লোংজুম্বসিবু শিঙেল মথনা মচুতাও লৈরাং মথনা মখোক লোইখিরগনে। ইদু খোম্বানাহা চিংঙা তেনহৈবা ব্রাঙ্গোনচা খুৎচুম্বাও। ব্রাইরা তেনবুম্মনা শিংঙেল লৈহেকেপিও হায়না থৌনেকখিয়ে। হৈরেমচা পাখং নখোইসু চিনবিগনো খুনজান চনুরা নখোইসু থেৎপিগনো হায়না থৌখামখিয়ে। খুনজান লৈমা খামলংতাওবীনা কজেং থাংকোক চৈশৌনা কোংকোই মিৎশাওন কোরৌথোইনা য়েংনা কন্দা তুগুম্ববু শোনমোইখিয়ে। অদুনোংগীবু হৈরেম কল্লকপা লোকও তৌনা কৌয়ে।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## হৈরেম কৈখোংতু

লৈরাই মুংবিমদি হৈরেম কৈখোংতুও কৌবদি। হৈরেম ইরুবা খুঞ্জান ঙাথিবনা লাইজ ইরোম্নুংদা তুবী অঙনবা লাইরেল অরেম্ববু লমওক্লরে। হিরি খোংজিথাংনা হৈরেম পুম্নাহৌনা চিংববু ঙমদরে। হয়েং কৌবা নোঙ্গাশোইরগা চীংলশে হায়না লৈরাই মুংবীথক্তা পামেন কৈখোঙ লুরোইয়ুংনা কিরম্ববু। কৌবা চীংনুং শোইরবদা হৈরেম পুম্নাহৌনা অনৌবা ইন্দাল্লকপবু কৈখোংলুরোই য়ুংববু তুরময়ে। হৈরেম কৈখোংতুও কৌয়ে। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## হৈরেম ফৈদা ঈ

মোমনু চেংহি ঙৈফানিকপী শন্নাং য়ুঙৌ শাজবী লাইজ ইপানলাংনা ঈমু ময়োনশৎপী। পুল্লাং লুরোইথোংনা লৈরাই হুইশোন কারকপী পাগোন খুরৌনা শলথি খুনাম্না পুল্লাং খুয়োনথাবীগী শঙদিংমফৈশাববু মালেম লৈদা তারে। শঙদিং ফৈশাতাও কৌববু পোইরৈতা ফাথিবনা হৈরেম ফৈদা ঈ-ও তৌনা কৌয়ে। *(শল কাও)*

*মোমনু- নুপী। চেংহি ঙৈফানিকপী- চেংহি লুজবী। লাইজ... ময়োন শৎপী- ঈশিং হাইদোক্নুনা অফবা শোকপী। পুল্লাং লুরোইথোংনা-কোক্তা ঈশিংপুল পুদুনা। লৈরাই হুইশোন কারকপী- লৈরাইদা ব্রানা কারকপী। পাগোন খুরৌনা শলথি খুনাম্না- খুরৌনবদগী শম্বিদা নাম্বুবা। পুল্লাং -ঈশিংপুল।*

*খুয়োনথবী- তাবা নত্রগা ওন্থবা। শণ্ডদিং মফৈশাববু-ফিনা শেম্বা ফৈজ্জা। মালেমলৈদা তারে -লৈবাক্তা তারে।*

## হৈরেম তাওশুমাঙ

**হিদেন চংলৈমদি খুঞ্জান নিংথৌ চেংলৈ লাম্থবা ময়িমফমনে। মরুথী ব্রাংনু নোংদম চনুনা খুন্দাপুংনে। মমাইবা খুঞ্জান অয়াংহাওবচানা চরৈ চকফি চোনচোন লৈনাখম ব্রাইশেং ফামনাছন কাওরেল শল্লমইন তেকপী ওকলমইন্না খুনথিপুংনে। হৈরেম তাওশুমাঙ খুঞ্জান মুংবিতুং হৈরেম শেংজমাং কৌবদি। হৈরেম তেংথানা খুঞ্জান অশৈননা লাইজ ঈশিংচাওববুদি তমলেন চাওবও কৌয়ে। ঈশিং তমলেন চাও লাইজ ঈনা গুন্নকলবদা। হৈরেম মচেৎমবু তাওথোকলে তাওশুমাঙও তৌনা কৌয়ে। ইমিংবুদি মুংবী-ও কৌয়ে। মুংবী মচেৎমবু শেংজরৌয়ে হৈরেম শেংজমাঙ খুঞ্জান মুংবীতুংও তৌনা কৌয়ে। হৈরেম মনিল নাইববু করম য়াংনা শিরবনো য়াংতেকশি থোয়ে।** *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## হৈরেম নিঙঙোলখোং

**লমলেন হৈরেম নিঙঙোলখোং-ও কৌপাতি কতৌনোংকীনো। হৈরেম চনুরা মাপলনা তাউচিঙ মীহৈচাতা হৈরাং মীসিং তংতারিপীসিংনা খোংমা তৌরময়ে। অতুনোংকীপু হৈরেম নিঙঙোল খোংও তৌনা কৌয়ে।** *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*মৈদিংগু চিঙথাংখোম্বা (খৃ: ১৭৬৩-১৭৯৮) হাক্তজ্ঞা অরানা হয়া হয়া লান্দরকপগী মতাংদা হৈরেম নিঙঙোল খোংবু নিংথৌরোল লম্বুবদা অসুম্না পল্লি: ''লমলেন চেঙচা ব্রাপকাইতা খামরল তেংকোল লেপলারে। লাইরেল মৈতেংগু চিঙলাই লেমলৈ ঙামোংনপা নোংথৌরেলসুঙ। হাওরৈ খানা পাংপারম লমলেন হৈরেম লৌথমলাল থমলাল লমনুংসি থিঙপাই থারঙপা মাসোয়মাঙ নোংয়ায় থমনোংখোং অতোল লালচেলপম লৈহনপাৎপু নাতৈননা। নোংপোক লৌসেংব্রাই সেংব্রাই লাইচা য়িনমসেংকা লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংপা তুতেংকোলকা লাইচা য়িচিনসোকপু ঙমলোন নাতৈননা। লমলেন হৈরেম নিঙঙোলখোংতা খৌসাথাপানে।'' নিংথৌরোল লম্বুবদা হৈরেম খুঞ্জানগী লম মমিংশিং থোনখিবগা লোয়ননা লমগী লমখৈ তাকই। ঙাংঙোই য়োইমোংবা তুতেংকোলনা ইম্ফাল তুরেলনি সেংব্রাই লাইচা য়িনমশেং হায়রিবা তুরেলনা তেংনৌপল চীংদগী হৌরক্রগা ককচীং ফাওদুনা চেনখ্রগা শেংমাইজিনগী ইম্ফাল তুরেলদা তারুবা অসিবু ইচিন শোক্লবা ঈচেন তিম্নবু খণ্ডনৈ।*

## হৈরেম মরকশি কোনয়া থৈথোকপান

**লমলেন হৈরেম মরকশি কোনয়া থৈদিংপাল্লো কৌবদি কদৌনোংগীনো। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ পুন্সিবা মশানৌ লোনয়াংবনা য়াওরৌ শাদানবদা অদোন লোনয়াংবদি তাল্লোয় খাজিক্লা লুমলেন খাবাংননা লোনবনিগিনা। লুমলেন খমবনব্রাগী তরা চাকয়োমদা ব্রাংলৈ খোমহান্দবা ব্রাগীবু নোংয়ায় লোনয়াম্বদি নোংয়ায় মপাচা খুমনময়েল্লবু তাংজ ইকাইখি হুয়াই শেনগোইখিয়ে। ময়ুম নোংয়ায়না তেংথানা খুমন্না মীকৌনবদি পাৎপু কোনও কৌয়ে কংফানবু য়া-ও কৌয়ে। কোনয়া অচনবদা হুপলেন নমঙাননা তরা চাবুকলাম পায়মা খমনিংতিং উনবী চফম তিংলবগীদমক মরকওইনা শিরে। অদুনোংগীবু**

হৈরেম মরকশি কোনয়া থৈথোকপান-ও কৌয়ে। *(চায়নরোন)*

## হৈরেম মৈতানশোই

মোংবা তোরৈমদি হৈরেম মচি কোনথিংবা খুঞ্জান মনাও থিঙোনহনবগনা খরাই চাংদোনখন শোইরেন খমখাংলৌনা লুফুই নামথুম্ববু চকমোম খাম্বী মৈতান চংয়ে হৈরেম মৈতান শোইও থোন্নে।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## হৈরেম লৈমতাক খুনচান তরাখঙ

(১) তোরয় নমসাংমাতি। অসাইঙৈকী হৈরেম চনুরা লাইচা য়িতা সিপীপু য়িমু মায়রোয়নানা তাউথরকপাপু। হৈরেম চনুরা লাইচা য়িপাল লাংপীনা মিৎয়েং সানখৈরে। হৈরেম য়িপল ঙাইপাপু নমোম লাইচা য়িতা সিপীপু ঙৌতুম ঙৌনা তাউথরকএ হায়না তাকলমএ। লব্রাই পোনপীখোক হৈরেম লৈমতাক খুনচান তরাখঙও থোননৈএ। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

(২) হাওরৈ খানা পাংবরম লব্রাই পোনবীখোক চাইরেন থৈচংপুং হৈরেম লৈমতাক খুনচান তরাখঙও কৌবদি কদৌনোংগীনো। হৈরেম চানুরা অতেংবী লাইজ ঈদা শিবিবু মপন্না কোরৌ নুমিৎ মাপন্নি শুনা থিববু থিখঙদরবদা কোরৌ নুমিৎ তরানি শুরবদা খোয়নৌ মতা ঙাইরোইনাইনা তাকলৈএ। অদুনোংগীবু হৈরেম লৈমতাকও তৌনা কৌএ। মমোম লাইজ ঈদা শিবিবু চরৈ ময়িনফিবু হকতা থোংদা কৌবা এলাইচাই লৈতাং থরো মখোক লোয়গুম্মা নোংমনঙমলে। অদুনোংগীবু পোনবীখোক লব্রাই থোন্নেএ। মপন নিংথৌনা তরানিদা খঙেঙ হায়বগীবু তরাখঙও তৌনা কৌএ। *(চায়নরোন)*

## হৈরেম শেংচামাঙ

হৈরেম তাওসুমাঙ থোনখিবদা য়েংবীয়ু।

## হৈরোক

হাওরৈ নোংপোকলা পাংপালম নোংয়াই য়েকমা নাউতা অতোন থোংলেন কোইচানা পামেল উথিলম ব্রাকয়ে খোইরুকাপা তোংচেংতোনতি নাব্রাংপা থোকনারম হয়রোক অচনপা কৌপাতি কতৌনোংকিনো। নোংয়াই য়েকমা নাউতা থোংলেন কোইচানা পামেল উথিরককী ব্রাকয়ে খোইরুকাপাপু তোংচেং তোনচেং তোনককনা ব্রাংপা থোকনারমপু থোকলাপাকা ব্রাকয়ে হিতানহৈতা। মরোই খুমনচা কতাংলায়রপা তরা চেংচেন তাম নোইনু থুমচেন ব্রাৎনা লেমলৈ ঙায়োম য়োমতামলাপাকী পামেন উথিপাতা খোইমোম লাই হয়য়িৎ ফিকে কুরাউপান মানপা হয়পু চৈরৈ ফিখাউ শানা হেকেলকএ। ময়িম নোংয়াই য়েকমা নাউতা অতোন থোংলেন কোইচাকা লমব্রোকনারাপাকী। য়িরোয় খুমন কতাং লায়রাপাব্রো হয়রাং অসিপু করম নিঙথিপানো তাউচিং অসিপু করম চুনপানোকো। হয়রাং মচেৎ পাংমানা তরা নঙকী নচেংচেল ব্রাৎপাপু তরা নঙকী চেংচেল সকপীকে। তাউচিং সুংতাই অমানা লেমলৈ ঙাচেন সকপীকে। হয়রাং মচেৎ অমানা নোইনু থুমচেন সকপীকে হায়খিএ। অতুনোংকিপু খোইয়ুম লাই হয়য়িৎপু নোংয়াই তরা চেংচেল হয়ব্রো তৌনা কৌএ। *(মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## হৈয়েন

মৈতেংঙুনা পাওমেল্লকয়ে ইমান নোংয়াই খুমননিংথৌও হৈরেম য়ুমখৈফংনা হুয়েন লান্দারুববু থেঙলগনে হায়না য়াহৌববু। নোংয়াই খুমন নিংথৌনা পাওখুমলকয়ে। মাকলৌরেম লাইরেল মৈতেংঙু নোইনাই থব্রানথাবাও লাইরেল নংনা হাম্না মোংবা খুল্লম ইনঙামও নমাল ঐসু ব্রাকয়ৈ খোঙওইনরক্লে হায়না পাওখুমখিয়ে। মৈতেংঙুনা পাওমেল্লকয়ে ইদাইরেমশিংও ঙাইরাখি-ও ব্রাকয়ৈ পোথাখিসে খমনৌ চৈরৎখিও অব্রা হকনাচোক য়েলপী হৈয়াই লোমলগনে। হৈরেম পন্দোনলোম খুঞ্জান য়ুমখৈ ফংববু খোইমা নমাইলৈ য়াংজেং ননমমুক্কুনো হায়না লাইরেল হৈরাং মচাখাক তাওজিং মথংখাকপু মদাইরেম ব্রাকয়ৈ হিশাংথনবদা য়েলবীরময়ে। অদুনোংগীবু হৈয়েন মহিথেনও তৌনা কৌয়ে।

*(থৌব্রানথাবা হিরান)*

## হোইতা লাওবী

ময়ুম থাংঙা কম্বোংনা থাংঙা উপুস্সি তেরা কাংলাংমৈনা অয়ুক চামৈলাংনা থাংঙা লানলৈতববু লানচেল্লে কম্বোং মৈলৈতববু মৈচেনব্রাগী। শীংচঙ লৈতোয়চন্না কোরৌ নোংলোন পাইখিএ। পামেল উথুমনুংগী তুবী অঙনবা লাইরেল অরেম্বা হোইরৌ হয়া লাওরমএ। অদুনোংগীবু হোইতা লাওবীও তৌনা কৌএ।

*(লুব্রাংলোন খোংকুল)*

## হোইদ হৈয়া লাওবী

তাংখু তাংহল অনিনা হোইদ হৈয়া লাওনা খালৈ লৌতারময়ে হায়বগী হোইদ হৈয়া লাওবী কৌয়ে।

*(মোইরাং লম্মীৎলোন)*

*তাংখু তাংহল কৌবা অনীনা হৈ হোই লাওদুনা লৌ শুরম্মী হায়বগী হোইদ হৈয়া লাওবী কৌই।*

## হোঙাঙ কৈখোক ( হাঙাংখোক)

(১) কৌবা মদাইমদি হাঙাংখোক-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো হায়রবদি। কম্বোং থাঙ্গা লৈনাওবীচা মপারি অরাই কাংখুবনা লাংলেন কোংয়াং ব্রাচিনচাউবু য়ানবদা কোংয়াং ব্রাচিনচাউ লোকলৌ শৌরাইতাংনা নোংমল্লববু। ময়ুম থাঙঙা কম্বোংনা ঈ-বুদি হ কৌএ। ঈ হসুং ঙাঙদুম ঙাঙনা মালেম লৈদা তারে খোয়মা নারোননুংদা পানবা কৈসুং শিঙামএ। অদুনোংগীবু হোঙঙ কৈখোকও তৌনা কৌএ। *(লাম্লোল চীম্লোইরোল)*

(২) কম্বোং লাংলেন কোংয়াং ব্রায়ানবগী শমু মখুৎতোনবু ঙম্বল্লে। ময়ুম কম্বোংনা ঈবুদি হো-ও কৌএ। হো-না মালেম লৈদা ঙাঙদুম ঙাঙনা তারমএ হোঙাঙ-ও কৌএ। খোয়মা নারোম্নুংদা পানবা কৈসুং শিরমএ কৈশি-ও থোম্লেএ। *(লুব্রাংলোন খোংকুল)*

## হোতামপা লৌ

অঙৌপা লংমাইনিংথৌ চিঙশোমপানা শেললোয় নাকপকমাতা তমফা মশানৌকি য়োয়পু শমু মখুৎফাং

খুৎফাং চাংচৌ মঙামকপু ব্রায়রং লৈনুংশিকুমপীতাকি ঙাইরোং নৎতানা লৈরাং অতিংঙাপু শিংশানা ঙাইরোং শিংমিৎলৌনা শিংথায়ে। হয়িঙৈতাপু লৈরাং অতিংঙাপুতি হো-ও কৌয়ে। অতুনোংকিপু লংমাই হোতামপাও তৌনা কৌয়ে। লংমাই কাইনৌ হোতামপানা অয়ুক চামায় লাংনাতি শিংথাপাপু। তম্ফামৈরা পোনচেনপীনা নুমিতাং শিংলৈ লৌপাপু হাওমল মাপাল থেককে থেকঙমতে ঙাইরোং মপান ফুক্কে ফুকঙমতে। ঙাইরোং শিংপোৎ পুঙমতে। অতুনোংকিপু লেংমাই হোতামপা লৌও থোননায়ে। *(পানথোইপী খোংকুন)*

## য়াইথিঙ আয়মবা কাপ্নরম

খুমন য়াইথিঙ আয়মবা কাপনরম কেগে থোংলেন অথৌবা তুনরমও কৌবদি কদৌনোংগীনো হায়রবদি। কেগে থোংলেন অথৌবনা হুয়েল লালথিরকপদা খুমল য়াইথিঙ আয়মবাসুঙ খোইমা নারোন্নুংদা য়াওরৌ সাথিঙামপদা য়াংলৌ লমখাঙমাদা লমওক্লরবগী। খুমন য়াইথিং আয়মবদি থাব্রাই মিরেল পায়না অকি পুকনিঙ চঙলবগী সমু নিঙচিৎ নিঙচিৎনানা খোইমা নারোননুংদা চঙখিববু। কেগে থোংলেন অথৌবনা তাংজ খোঙকুল লীনা চঙখরবদা। খুমল য়াইথিঙ আয়মবনা খোইমা নারোননুংদা পানবা লমফমতমনা লীরি থামোইতিং লাকা তেলমৈচপ লীচিং নাকোংফংনা তেলথাঙামলাবগী। কেগে থোংলেন অথৌববু লাবা থানুংথিৎনা লুতুরে হায়বগীবু খুমল য়াইথিং আয়মবা কাপনারম কেগে থোংলেন অথৌবা তুনারমও তৌনা কৌয়ে। *(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

*আয়মবা- পাঙদবা। হুয়েল- লাল। য়াওরৌ- শা। য়াংলৌ- লম্বী। লমওক্লরবগী- উনরবগী। থব্রাই মিরেল পায়না-থব্রাই ব্রানা। সমু নিঙচিৎ...চংখিববু- মোংশোং মরক্তা খজিক খজিক তুংহন্দুনা চংখিববু। পানবা লমফমতমনা- কৈনা থুপ্পুনা লৈবগুম। লীরি... তেলথা ঙামলাবগী- লীরিদা তেন্দোং চপ্পুনা নাকোং ফংনা চিংলগা কাপ্পদা পাল্লবগী।*

## য়াইথিং পুঙজাও

লাইরেন মৈদিংঙু অয়াংবা শরিচোংবনা ইদাইরেম খুমন য়াইথিংবাও। নোংয়াই নপুঙয়াইদা নিংথৌ ফম্বাল হাংলে খুমন নিংথৌ ওইরুনবা নোংয়াই নপুঙয়াইদা খুমন কুমথরো হায়না য়োইচানবীরবদা। নোংয়াই খুমন নিংথৌ অদোন য়াইথিংবদি মোংবা খুল্লমইন্না খুনগুম্লরুবদা। লাল্লোই মদাইমা লৈরাই মুংবীথক্তা পুঙলেন ময়াই ব্রাংনা থোল্লময়ে। অদুনোংগীবু য়াইথিং পুঙজাও কৌনখি।

*(খুমন কংলৈরোল)*

## য়াইথিং পুঙসাং

ব্রাংখৈ লীকখুনপুঙ থোনখিবদা য়েংবীয়ু।

## য়াইরোক

থাঙব্রায় মদাইমদি মায়ুম নোংয়াই খুমলনা য়াইরীবু সাঙতোল-ও কৌয়ে। য়াইরী শাংদোন পোকয়ে অদুনোংগীবু য়াইরোকও তৌনা কৌয়ে। *(থাঙব্রায়রোন)*

## য়াইতাক

লমলেন মদাইমা য়াইতাক কৌবদি কদৌনোংগীনো। নুংবাল লুব্রাংনাহা য়াওসুতালবনা য়াওরৌ তুংইন তাললকপাদা সমু খুনালথোকলবগী ঈমু ফিরাক সাববু মালেম লৈদা তারে। থায়না লাহলনোংদা ঈবু য়াইও কৌয়ে ঈ য়াইবু মালেম লৈদা তারময়ে হায়বগীবু য়াইতাও কৌববু পোইরৈতা ফাথিবনা য়াইতাকও কৌয়ে। *(মোইরাং লৈকোই পুঙ)*

## য়াইরিপোক

পাম্ভোইবীনা খাবা ময়ুমদগী নোংপোকনিংথৌ কাইনৌ চিংশোম্বগা লোইনদুনা শেলোই লংমাই তান্না লম কোইদুনা খাবা থেংনদনবা চেল্লকপদা ব্রারদুনা লমখাংদা পোখাবদা নোংপোক নিংথৌনা তাউজিং হৈরাং চানিংখ্রেদা হায়না শোল্লস্মী। মদুদা পাম্ভোইবীনা মকোক্তগী শমলাং মনা অমা থৎলগা লৈবাক্তা থাবদা হৈরি পাম্বী ওইনা হৌদুনা মথংলেন নোংপোক নিংথৌদা হৈ মেৎতুনা পিজখি। পাম্ভোইবীনা হৈরি পাম্বী থাবদগী য়াইরি ময়াম পোকখি হায়দুনা মফম অদু য়াইরিপোক কৌনখি। *(লম্মীৎলোন)*

## য়াইস্কুল

গুরুশিদবা মপু মহাকপু চৎহননিংদবগী ময়াম চংদুনা তান্নরকপদা চেনফম খংদদুনা গুরুনা ভাউরিঙৈদা ময়াম্না নমদুনা ফারে খ্বাই ময়াম চংদুনা তান্নবদগী মহি ময়াই চম্বগুম কুন্দুনা গুরুনা চেনফম খঙদনা মমদুনা লৈরে হায়দুনা য়াই-কুল হায়বদগী মফম অদু য়াইস্কুল কৌনখি। *(লম্মীৎলোন)*

## য়াইহুল্লম

লাহম্নোং হয়িঙৈদা হোংনেম লুব্রাংনিংথৌ পুনসিবনা খাবালৌ হামতেং লমতেং অহামসোইগী মরাল খুলহোংঙৈদা সনা য়াইকা হুল লুপা য়াইকা চলনা পাদমলময়ে। অদুনোংগীবু কৌবা য়াইহুল্লমও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## য়াওরৌ তৈতুপাল

(১) লমলেন য়াওরৈ তৈতুপালও কৌবদি। থংকারি লেরাতোল অতোলবনা থুমনাও চারোকপা য়েন্নাও চা-উলবদা মতৈরৈমা তাইতিঙনু খোংনামবীনা তরা চায়োমবা ব্রাংলৈ খোমহানববু। হৌওই তরা চায়োম থোকচরববু তরা চা চাকেমতোল য়াংলৈ তাওবা হুইথৌথিবু ওনঙমলে। ব্রাংলৈ খোমহানবসুঙ লাংবল ককই ইঙৌহিবু ওইঙাময়ে। কোরৌ হুইমু লৈমা নুংচেংয়াম্বী মপারি থংকারি লেরাতোলনা হৌওই মরান ওন্দেরকপদা ব্রাওইরুইয়ে। শাবী ইতৈরৈমা তাইতিঙনু খোংনাম্বীও। নশানৌ ঐনা কোরৌ নোংদামদনা থুমনাও চারোকপা য়েন্নাও চা- উনবদি নংঙোম্দা ব্রাইথুংলয়ে। তরা পুকলাম উনবী চফম

হোংবনা থোইরে। তরা নচাকয়োমদি য়াংলৈ তাওবা হুইথৌথিবু তরা চায়োময়ে। ব্রাংলৈ খোমহালবসুঙ লাংবল ককই ঈঙৌ ঈবু খোমহালয়ে। শংলৌ য়েনয়োমবসুঙ থুমনাও মখুদোন য়েম্নাও মশাতোনবু য়েনয়োময়ে হায়থবদা। শানৌ থংকারি লেরাতোলও তরা চেংমচং য়াংলৈ তাওবা হুইয়া মানববু তরা চায়োময়ে। শংলৌ য়েনয়োম্বসুঙ থুমনাও পাকতুম পাক য়েম্নাও খায়দুম খায়না য়েনয়োময়ে। হাওদৈ অয়াকপা ব্রাংলৈ অথুম্ববু খোমহালয়ে হায়রবদা। হয়েং কৌবা নোংগা শোয়রবদা শানৌ থংকারি লেরাতোলও নশাবী নতৈরৈমা ঐনা চকপা হাওরা ঙালথোংচাকনা তরা চায়োম্বা থুমনাও পাকতুমপাক য়েম্নাও খায়দুম খায়না শংলৌ য়েনয়োম্বা ব্রাংলৈ অয়াকপা হাওদৈ অথুম্ববু মিংয়েং শানখৈও হায়না চেংলৌ মিৎথিৎহাললবদা। থংকারি লেরাতোলনা অনৌবা থুমনাও চারোক্তে য়েম্নাও চা- উনগে মরান থৌচৎলকপদা। হৌওই তরা চায়োম থোকপবু য়াংলৈ তাওবা হুইথৌথিবু শালওলঙামলে। শংলৌ য়েনয়োম্বসুঙ থুমনাও মখুদোন ব্রাংঙাবু ওনঙমলে। ব্রাংলৈ খোমহালবসুঙ লাংবল ককই ঈঙৌ ঈবু ওইঙাময়ে। থংকারি লেরাতোলনা ব্রাওইখিয়ে। ব্রাকয়ৈ ইখুনেৎ নংনা ওনবরা খমনৌ ইচৈঙাক নংনা ওনরবা মোংবা চাচলথোপ মচী চীমরিয়ুবা মনা নানিরোঙবা নংনা ওনবরা। ব্রাকয়ৈ ইখুনেৎ নংসু খমনৌ ইচৈঙাক নংসু ওনলিরোইয়ে। মোংবা চাচলথোপ নংসু ওনলিরোইয়ে। ইরম লমলাবা ফেৎমাতোল নংনা য়াওবগী তৌশিক্লরিঙৈনে। হায়না শোল্লময়ে। অদুনোংগীবু য়াওরৌও কৌয়ে।

*(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*তরা চায়োম্বা- চাক য়োম্বা। ব্রাংলৈ খোমহানববু- খোমক্রুমদা য়ু হাপ্পবু। হৌওই- হৌরেন। তরা চাকেমতোল- চেং চদোন, চেং চদোনগী চগেম। য়াংলৈ -হুই। তাওবা- হুই। লাংবল ককই ইঙৌহিবু ওইঙাময়ে- লাংবল থাগী ঈফুৎ কোমফুৎকী ঈশিংবু ওইরমলে। মরান ওন্দেরকপদা- ময়ুমদা হল্লকপদা। শাবী ইতৈরৈমা- ইয়াম্বগী নুপী ইতৈমা। নশানৌ ঐনা- ননাও ঐনা। কোরৌ নোংদামদনা- নোংমগী লেপ্তনা। ব্রাইথুংলয়ে- থুংলৈ, য়ৌরকই। তরা পুকলাম- চাক লাম্বা। উনবী চফমহোংবনা থোইরে- চাক য়াম্না লাপ্রে। তরা নচাকয়োমদি- নওগী চাকয়োমদি। শংলৌ- য়েনশাং। য়েনয়োম্বসুঙ- য়েনশাং য়োম্বসুঙ। থুমনাও মখুদোন য়েম্নাও মশাতোনবু- য়েনগী খোঙদোন মশাতোনবু। হায়থবদা- মথং মথং হায়রবদা। চকপা হাওরা ঙালথোংচাক্লা- চকপা হাওরা কৌবনা ঙান্দুনা থোংবা চাক্লা। থুমনাও- য়েন। পাকতুমপাক- মপাক ওইনা। খায়দুম খায়না-তংখাই ওইনা। মিংয়েং শানখৈও- য়েংঙৌ। চেংলৌ মিৎথিৎহাল্লবদা- য়েংহল্লবদা। ব্রাকয়ৈ- হি। খমনৌ ইচৈঙাক- হিহোম্নবা নৌ। চাচলথোপ- তুঙ্গোন অচৌবা। মনানানিরোঙবা- পায়ফম মনা অনী পানবা। ইরম লমলাবা ফেৎমতোল- ঐগা পক্লদবা লম, কাম্নদ্রবা লম। য়াওবগী- চাবগী। তৌশিক্লরিঙৈনে- তৌবা ওইরিগনি।*

(২) য়াওরৌ থোলমরকতি। থাঙঙা শোকশোকপিগা মদু কমবোং ঙাও ঙৌবগা খুনু মালথিকতোংবু চেলনারকপদা। পানবা মাঙথানা কৈরেল তুংইন্নরকপগী থাঙঙা শোকশোকপি কমবোং ঙাওঙৌবীবু পানবা চিনগোই চন্না য়াওজরে। লমলেন মদাইমা অসিগী শাদি করম য়াওবনো শোল্লময়ে য়াওরৌও থোম্নয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

*য়াওরৌ থোলমরকতি- য়াওরৌবু অমুকহন্না থোনবদি। থাঙঙা কম্বোং- কাঙলুপ অমা। খুনু মালথিকতোংবু- লমখুনু। চেলনরকপদা- পুরকপদা, ফারকপদা। পানবা- কৈ-মাঙথানা- মাঙ থানা।*

*তুংইমরকপগী- তুংদা ইমরকপগী। পানবা চিনগোইচমা- কৈনা লাক্লুনা। য়াওজরে- চারে। করম য়াওবনো- করম চাবনো।*

## য়াওরৈ লৈয়াথি খুনকাম লৈনামুং

য়াওরৈ লৈয়াথি খুলকাম লৈনামুংও কৌবদি কদৌনোংগীনো।হয়িঙৈ য়াওরৈ মচীগা খুলকাম মাসানৌগা লৈকাই য়িললুমন মাংকোন সাইনোননবা পাললমঙৈদা। য়াওরৈ মাসাবীগী তেকপী মাওকচা কাইরৈ মায়েলচা মমা লৈঙোই মফোলনুনা পোকপা ঙানু খেরেচাসুঙ কংলৈ লৈপুংথোক লৈয়ারাংনা য়াওচিলখিয়ে। খুলকাম মসানৌগী মেলনাংতলপা সানামুং কোরৌ নোংফানসা মালবি তুরেংকাই অঙৌবসুঙ কংলৈ লৈপুংথোক লৈয়ারাংনা য়াওচিনখিয়ে। য়াওরৈ মসাবীনা খুলকাম ইসানৌও ঐগী তেকপী ইওকচা কাইরৈ ইয়েনচা ঙানু খেরেচাসুঙ সানৌনংনা হৈরাপারা হায়না চেঙচা লাললঙনা ব্রাপা খুলথীননা ব্রারোঙনাখিয়ে। য়াওরৈ মাসাবীগা খুলকাম মাসানৌগা তাঙচা লমফমনা লিললা নাথেৎনববু কংলৈ লৈপুংথোক লৈয়ারাংনা তেকপী মাওকচা কাইরৈ মায়েলচা ঙানু খেরেচা মেনাংতলবা সানামুং অঙৌবসুঙ য়াওচিলখিববু চেংলৌ মিৎথিৎলে মিৎয়েং সানখেরে। য়াওরৈ মাসাবীনা খুনকাম ইসানৌও ইপিঙঙামা লৈরাং অতিংঙাবু ব্রারোঙনাখিয়ে। কংলৈ অসিবু লমনামুংবু ওইরে কংলৈ লমতাইসে য়াওরৈ লমলাৎসে হায়না য়াহৌনখিয়ে। কোরৌ নুমিৎমাদি মালবি চকলৈকাও কাওরেল লেংপাসল তুবি য়োইনোংতা নোংতা লাইরেল পাথংবা মাচন সীরা কোংতিংনু ফামল মুকমু হাইমৈচোনবু থাঙচী য়াতোয়লেন সারেন লৈতোয়য়াৎ সংকাই মাকোকচেং সাকু ব্রাললোংথল ইব্রাল খোয়দৌওৎনা কংলৈ লমদাইববু। ইব্রাল খোয়দৌথক সাকু ব্রাললোংনুংগী থাঙয়ি মসেল তিলচিলনা সারেল মসেল পকনারকয়ে। মালবি পুঙসিন তুহাউ লৈনালীং চীরেল য়েৎকোয় লৈনাহৌ কাওরেল নাহম লৈনাথোং মমৈ হৈনায়াংনু চোলচোন লৈনায়াল সুমায় তিংকোই হাসংলৈনাখপ অসাংবম লৈরক কোলসাং মরিল কালনা চোং আরাম্বম ইমলেন সাইকঙচেননা ঙানা খোংখৈখিয়ে। কোরৌ নুমিৎমাদি সংলৌ য়েনসীপোৎয়েন মাইরেন খামিৎচোৎখা মাইরেনবু লমলি কৌসাংনুং উপল কারোঙথকতা ব্রারীথববু সংলৌ মানালেক য়েনলাং মাতালাম লপলী কৌসাংইন ফকলাং লোলচাচৎ উরা হুমপুরোই চানা য়ীরু মাতাইকাঙনা পাকতু ইতাইথকতা নানৈখিয়ে। অদুনোংগীবু নুংবান য়াওরৈবমনা থৌরৈ ব্রাকমপোঙ চিঙনুং নোংকৌবীবু ফুংকা লাইরু হুমথববু ফুংগা লাইরুনুং মৈবী তাঙকোই থককী চেকলা পোঙচিন তুহাউলৈনাহৌ সাকন তুফাংলৈনালীং লিকলা তোলকোই লৈনালেক থিঙকুরু লুব্রাংথকতা য়িমচিল চাকো নারেংতোংনা খোংখৈখিয়ে। অদুনোংগীবু য়াওরৈ লৈয়াথি খুলকাম লৈনামুং-ও তৌনা কৌয়ে। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## য়াওরৌ শাপৈথেন

শেল্লোয় নাকপকমা লংমাই চীংশাং নাপোম্মদি। মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবা থংদা খোয়নাই শেলহোংবমসুনা লাবা খুমনবু য়াংদৌ শারম লীবদা য়াওরৌশাবু পৈরময়ে। অদুনোংগীবু মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবা য়াওরৌ শাপৈথেন-ও থোমৈয়ে। *(নোংমাইজিং চিঙোইরোল)*

*মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবা-খৃ: ১৬৫২-১৬৬৬ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা।*

## য়াঙোই

মৈতৈ নিংথৌ য়োয়রেন তোম্পোকপনা মোইরাংলৈমা য়োয়রেন তোম্পোকপী লৌবদা কোই কোইনা ঙাইরময়ে অদুগী য়াঙোই কৌরমএ। *(থাঙ লম্মীংলোন)*

*ব্রারী অসিগা মরীলৈনবা হাওসেংপনতোনয়া থোনখিবদসু য়েংবীয়ু।*

## য়াচীকসি খোমতাব্রাই

মোংবা মদাইমদি। লানলোই য়াচীকসি খোমদাইব্রাইও কৌবদি। মৈতেংঙু তবুংবা মতাইরেম খুরাই নাহা চেমকাংপাম্বগা অহিং কাবা খোঙনা য়াঙবগা চীংশোং লালু অনীমাবু হুয়েল লানমুননাখিএ। মৈতেংঙু তবুংবনা ইদাইরেম নপিংঙানা ব্রায়রা সেৎচা খাইচানফরোইএ লানলোই লমনা চুমসুনো হুয়েল লালুমাবু চীক্রুও হায়খিএ। লাইজ ঈপাকথকতা ব্রাকয়ৈ হিবু তোংনা য়ারেন খোংচিতোন্না চীকনখিএ। লালু য়াচীকসিও কৌববু পোইরৈতা ফাথিবনা লাললোই য়াচীকসি খোমতাব্রাইও কৌএ।

*(তোরৈরোল লম্বুবা)*

*মৈতেংঙু তবুংবা- খৃঃ১৩৫৯- ১৩৯৪ দা পাল্লম্বা মৈতৈ নিংথৌ তবুংবা। লালু-কোক। ব্রায়রা সেৎচা খাইচানফরোইএ- লান তৌনদুনা কায়নবা য়ারোই।*

## য়ামপী নুঙতোংব্রাই

হিথেল চংলৈমাতি। চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লাইচা য়িরম য়িননা খুনথিরকপাতা লব্রাই হাওয়ামমোই চেকলা মোইমাই কাঙনা থৌতু নুঙতা তোংঙমএ। য়ামপী নুঙতোংব্রাই থোম্নেয়ে। *(তোরৈরোল লম্বুবা)*

## য়াম্বী

য়াম্বীও কৌবদি কদৌনোংগীনো। লোইবী থাতৌ মপারি তোনকাখং অহলবগা পম্ভৌ নিংথৌ থাদৌ চীঙমাববু সমু নমদা হুন হেম্বা মচেৎমবু ঙাইরোইননা চীঙলেন নাপোম্মদা খুন্দাববু ময়িম লোইবী মনিল নাইবনা য়াম্বী-ও কৌএ। *(নিংথৌরোল লম্বুবা)*

## য়ামলা লমতমথী ইতম চৎথোকপান

শেল্লোয় মদাইমা লংমাই মখলমদি য়ামলা লমতমথী ইতম চৎথোকপানলো কৌবদি কদৌনোংগীনো হায়রবদি। লহাননোং নুংবান খুমুরোং অয়াঙবনা লাবা খুমনবু য়াংদৌ শারম লী য়াওরৌ শাবান লোক খাম্বি মৈশা তানবদা তাল্লোয় মরুম্বী নাহই নারাংবম চনুবু ব্রাহমখিয়ে। মোমনু তাল্লোয় ইরুম্বীও নথংলেন ঐদি য়াওরৌ শাবান লোকপবু ফয়েং নোংফাইগে চীংনুং য়ারেক্কে। মালেম লৈথোঙ ওক থিংলৌ তমথা শন্না ঙম্বল্লগনে। লাংনা খুরৌবা ককলু খুনানববু লান্নংগনে। য়োইবুনাইও নতা খুনপোইগুনো লৈকাই খাম্বী মৈরৌগুনো গুমাই নুংলাংগুনো কংলৈ য়াথোক্কনো তরেং খোংফাং নামুংনাও অসুম ব্রাহমলময়ে। নুংবান খুমুরোং অয়াঙবদি শেল্লোয় ঙমথংনা লংমাই নাতৈননা লাবা খুমনবু য়াংদৌ শারম লীবদা মোমনু তাল্লোয় মরুম্বীবু নোংবান ঙাখাবম নিঙোনবী লুব্রাং মৈল্লেবম হনজবীনা

